# কলমনিষ্টকী চীঠি

অহানবা শরুক

হাওবম সনাজাওবা



ওল মনিপুর মেডিয়া রাইটর্স এন্দ কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন

[illegible]

## য়ুখল মরুমদা

# কলমনিষ্টকী টাবু

নেসনেলিজমগী ঈচেল ঈরাওখোল্লক্তা

অহানবা শরুক

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৬

অইবগী অয়াবা য়াওদনা লাইরিক অসিগী মচেৎ নৎত্রগা মপূম ওইনা শিন্দোক্নুনা ফোঙবা নৎত্রগা লৌথোকপা য়াদে।

অফোঙবা ঃ
ওল মণিপুর মেডিয়া রাইটর্স এন্দ কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন (অম্মরকু)
ইম্ফাল, পিন নং : ৭৯৫ ০০১




কোভর ডিজাইনঃ
শৌগ্রাকপম ভুবোল
জম ভুমেশ্বর

কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ১৮০/-
লাইব্রেরি এডিসন ঃ লুপা ২৫০/-

লাইরিক ফংফম ঃ
ষ্টুদেন্টস স্টোর, পাওনা বজার, ইম্ফাল
রাজেস বুক স্টোর, গভর্ণর রোড, ইম্ফাল
মাইকেল বুক স্টোর, কাক্চিংপুর মেন গেট, ইম্ফাল

Rs 250/

নম্ফম ঃ
ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টরস,
বোরোই মখোঙ, কাক্চিংপুর, ইম্ফাল।

অদুঙৈগী তোরৈ তুথেক্তা নীঙতম লাম্লেং
পীবগী জাতি শাগৎপা পুব্রারীগী
পুন্সি পোম্থা পীখ্রবশিং হিংনা হিংনা শিখ্রবশিং
জুন ১৮গী থব্রায় ১৮ থব্রান মৈরা চিত্তরঞ্জন
নুরা তেমশীংনবী শর্মিলা
হয়েংগী চৎখ্রবা থব্রায়শিং
পুন্সি কৎনা হিংলিবশিং অব্রা পন্দোল লোম্না
মণিপুরি জাতিগী ঈচেল পুথরিবা-
পুথরিবীশিং নফমদা কথোকচরি
তানফংদনা তাম্লৌরবা
হৈচেৎ হৈগায়গী খুদোল।।

*হাওবম সনাজাওবা*



# অফোঙবগী ৱাহৈ অমতং

কলমনিষ্ট অমগী চেন্দবা য়াদবা মতীক ময়ায়দি হীরম খুদিংমক্তা নৈনদুনা খঙবগী থাক অমদা নৈনবদুনি। মতম মতমগী থোর্রক্লিবা ৱাথোকশিং, থৌদোকশিং অমসুং ৱাখল্লোলশিং অপাবশিংবু মায়পাক্না চিংশিন্বা ঙম্বগী খুৎই অমগী মহাও পীবা ঙম্নবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা অইবশিংগী মনুংদা হাওবম সনাজাওবসু অমনি। মহাক্কী পোথোক অয়াম্বদা কৃপ্পা থিজিন্বগী মচাক মপুঙ ফানা য়াওরী। মচাকশিংদুনা অমগা অমগা শমজিন্নহল্লি। মথঙ মনাও কায়হন্দে; মমৈ মকোক্কী পথাপ নাইহল্লি। সঙাই এক্সপ্রেস (মীতৈলোল)গী শগোলশেন খুদিংগী চাং নাইনা ইবা কলমনিষ্ট অমা ওইবতা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা চেফোঙশিংদসু অইবা অমা ওইনা শকক য়ারি।

অইবশিংগী মুকচৈ ৱাৎতে, চে ৱাৎতে, ৱাখল মরাঙ কাযনা লৈ, ৱাৎলিবদি ঈকায়খুম্নবিবদুনি, থৌগল্লোন্দুনি। তশেংনমক ঐখোয়গী অপুন্বগী শক্তম লৈজরম্বা অদু নৌহৌননা তুংগী মীরোলদা নীংশিংহন্দুনা মাঙলমচৎ-তুংলমচৎ অনীগী লংদাই ঙমতাইবা তারি। খুনাইগী অচুম্বা (সোসিয়েল জষ্টিস) লৈত্রবা মফমদুদা অইংবসু লৈবা ঙমদে, চান্নবা, নুংশিনবা, পূনশিন্বগী শক্তম লৈরোই, য়াসু য়ারোই। চীঙ-তমগী অপুন্বা শক্তমসু নেসনেলিজমগী অশেঙবা ৱাহন্থোক্লি। চীঙগী আশা তমগী আশা তোঙান তোঙান্না নেসনেলিজম লৈবা পুৱারীনা য়ারমদে, য়াসু য়াবোই। 'লৈথক লৈখারোল' কৌবা পুয়ানা যাম্না ময়েক শেংনা খঙহল্লি অমসুং 'লৈশেমলোন অরীবা' পুয়ানা চীঙ তম খায়বা য়াদনা অপুন্বগী শক্তম লৈরকই। পূক্লিং মকীং নাইবশিংনা অপূনবগী শক্তমদা থুগায়নবা হোৎনরক্লবদি মাঙজগদবদি মকীং নাইবদুদনি। নাওথেম্লোন শৈশক্লিবা লৈসেম শিন্থা থৌপাংলির্বশিংগী থৌরবা মুকচৈবু মকীং নাইবশিংনা পঙথহন্না ঙমগদ্রা ? ঙল্লোয়।

ঙসিদি অরীবা মতমদগী চেন্থরক্লিবা নেসনেলিজমগী ঈচেলদু তপ্না তপ্না অসুম অসুম নাথৈহনখিবগুম তৌরক্লি। অমরোমদা, তান্নবা মীরমদমদগী লৌশিল্লুবা পূশিললকপা লোন্থৈনা লোনয়ান ওইনা শেমজিন্দুনা ওন্থোকপা লোনচন পুথোক্কুনা অনৌবা শক্তম

শাগৎনবা হোৎনরি। মসিনা হোংলক্লিবা মতমগী ফিভমশিংগী মখা পোন্না চুংশিন্নবদি ঙম্বা য়াই অদুবু অচূম্বা মশক্তি থোরক্লোই। অইবশিংনা মনীংতম্মা হোংলক্লিবা মতমগী পোইরৈ তুংইন্না মরাঙ কায়না ফোঙদোক্লবসু ফুরূপকী হৌরক্লোনগী অশেঙবা মশক অদুদি লোলথৈ লোলয়ান্না মহুৎ শিন্‌ফম থোক্তে। মসিগুম্বা কয়াদগী শক্তম শাগৎপগী মহুৎতা শক্তম মাঙনবগী (*Identity Crisis*) মরুওইবা মরম ওইরকই। নেসনেলিজমগী ব্রাহম্নোক্তা চঙগদবা অশেঙবা মচাক অদু ব্রাৎনা মশক তাক্লুরকপগী খুদোংচাবা হেনগৎলকই।

অইবনা সিমান্তিসিজম অমসুং লোলগী ওইবা ফিভমশিংদা য়ান্নমক কূপ্না চঙশিন্দ্রবসু মহাক্লা ইখিবা আর্টিকল অয়াম্বা পুম্না খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা পুথোরক্লিবা অসিনা অপাবশিংনা হীরম কয়াগী মরিদা পুম্না পাবগী খুদোংচাবা অদুদি শোয়দনা ফংলগনি। অইবশিং মরু ওইনা, কলমনিষ্টশিংনা লৈবাক্কী অফ-ফত্ত পুথোক্লুনা নৈনবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌরি। খঙদবা কয়াবু খঙহল্লি। তাদবা কয়াবু তাহল্লি। মেডিয়া অমবু হিংহল্লিবসি কলমনিষ্টশিংনি। প্রেসকী নীংতম্ববু য়োকখৎলিবা প্রেসকী নীংতম্বা হেনগৎহম্বগা লোয়ননা মেডিয়াগী অইবশিং অমসুং কলমনিষ্টশিংগী নীংতম্মা ফোঙদোকচবা ঙম্বা ওইহনবীসনু অমসুং অচূম্বা খুনাই পুরক্লবগী লানফমদা মায় পাক্লা চঙশিন্বা ঙমহন্বীবা ওইরসনু।

কোংবা, ইম্ফাল
খৃষ্টগী চৈচৎ ওক্টোবর ১৩, ২০০৬

**ডাঃ হাওবম ইন্দ্রকুমার**
*প্রেসিদেন্ট*
*ওল মণিপুর মেদিয়া রাইটর্স এন্দ কলমনিষ্ট ইয়ুনিয়ন (অম্মরকু)*
ইম্ফাল, মণিপুর



# মাঙজৌননা ৱাহৈ মঙা-তরাদং

শক্লায়রবা কলমনিষ্ট হাওবম সনাজাওবনা মহাক্কী মমাঙদা পাউ-চেশিং অমদি চেফোঙশিংদা ফোঙদোকখ্রবা আর্টিকলশিং খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্কবা হোৎনবসিদা য়াওরিবা আর্টিকলশিং ঐহাক্না পারে। জেনেরেল ইস্যু; অখন্নবা নুমিৎশিং অমদি অখন্নবা মীওই খরগী পুন্সি ৱারী, হায়রিবা শরুক মঙা থোক্লা খায়দোক্নুনা লৌখৎলিবা আর্টিকলশিং অসি থিম অমমমদা তেনতক্লা মচা খায়না ইবশিং থেংনৈ। হেন্না নুংঙাইরিবদি, আর্টিকলশিং অসিদা অইবনা অখন্নবা ৱাফম, হীরম অমদা মীয়ামগী খন্নবা ৱাখলশিং শৈথারবা মতুংদা মহাক্কী ৱাখলদা ফাওবশিং ময়েক লানা থম্নবা হোৎনবসিনি। মসিগী মথক্তা অইবনা লৌখৎলিবা আর্টিকল পুম্নমকসি তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা ওইরবসু মণিপুর পুৱারীগী অচুম্বা লীক্লম, জাৎ-কুচুগী খেন্নবা লৈতবা, য়ুনিটি অমদি ইনটিগ্রিটি ঙাক্লবা অমসুং মীওৎ- মীনৈ লৈতবা চাওখৎপা খুনাই অমা পুরক্লবা থিম্বা তৌদনা খুনাইসিগী মীরোলনা হোৎনবগী তঙাইফদবা পাওজেল অদু ফোংনা নৎত্রগা নুংদা ফুমদুনা পুথদুনা ইবা উবসিনি।

খৃষ্টনা পোক্লিঙৈ মমাঙদা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌ কাংবনা মরিফুশুবা বি.সি.দা অহাম্বা ওইনা পানখিবা পোঙ নিংথৌদগী য়াম্লা হল্লবসু, মাগী মাগী লৈবাকশিং ঙাক্লখিবগী মতম লোনশিন্নখিবা শরুক্তা তাক্কক তাক্কী ওইনা মুক্লবশিং লৈপ্লবসু লিশাং শিংনা অফবা মরী থম্নদুনা চৎথরকখিবগী খুদমশিং লৈরি। তেখাও (অহোম)নিংথৌশিং ; তখেল (ত্রিপুরী) নিংথৌশিং অমদি অৱা লৈবাক্কী নিংথৌশিংদা, মণিপুরি নিংথৌশিংগী নিংথৌমচানুপীশিং অমদি মৈতৈ নুপীশিং মহারাণী ওইনা পীদুনা অকোয়বদা লৈখিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা অচেৎপা মরীশিং থম্নবা হোৎনদুনা লাকখি, অৱাংবা থাক্কী দিপ্লোমেসি চখখি। খা-নোংপোক এসিয়াগী তোঙান-তোঙানবা মাইকৈদগী লাকখিবা অমদি পোইরৈতোন্না খুম্হোরকখিবা মতুংদা মরিশুবা সেঞ্চুরিদা পানখিবা নিংথৌশিং খুই নিংঙোম্বা, পেঙশিবা অমদি নাউখম্বগী মতমশিংদা মণিপুরিশিংনা শগোল তোংদুনা অপর বর্মা অমদি চিনাগী মনুং হঞ্জিনবা

মফমশিং ফাওবা য়ৌশিন্দুনা ললোন-ইতিক তৌরকখিবা মতমদগী মপাল লমলোমদা মণিপুরিশিং চৎনবা হৌখিদুনা পান-মণিপুরিগী পুৱারীগী তাঙ্ককসু লাকপা হৌৱ্রবনি। নিংথৌ নাউখম্বগী মতমদা চিঙজেল নারল পাঙ্গলবা মণিপুর থাদোক্লুনা পাছাদা খুন্দাখিবনি। অঙম্বা পুৱারীগী তাঙ্ককশিং নোংপোক লমশিংগা পুন্নমক্কী মরি লৈননা শাগৎলকখিবনা ঙসি ফাওবদা মণিপুরিশিংনা নোংচুপলোমদগী মতম মতমগী হুমজিল্লকখিবা ঈৱাই-ইনিলশিংগী মরক্তা তুংলমচৎকীদমক 'নোংপোকথোঙ' বু চেৎনা শাগোন্নরিবা। শন্নপ্না ৱাখল্লোনশিং অসি কলমনিষ্ট সনাজাওবগী ৱাখলদসু চেৎনা মমি তাবগুম উই।

চীঙ-তম হায়বসি ৱাহৈ মচা অনীনা শাবা ৱাহৈ মপুঙ অমনি, ৱাহৈ মচা অমা য়াওদবদা ৱাহৈ মপুঙগী অর্থ মাঙবনি। হায়রিবসি শাঙলবা ইতিহাসকী পরিঙদা চীঙমী-তম্মী অমত্তনি; খাইদোক্লবদা অমগী তুংলমচৎ ফরোই হায়বসু তাকপনি। মসিদা মাল্লি ইবুংঙো সনাজাওবনা 'চীঙগী থমোয় খোন্না ঙমখৈ ঙাকসি' হায়নিঙলিবা; মণিপুরগী ক্লবশিংনা মায়কৈ চুম্না খোঙদাহন্নিংলিবা; লোইননা অচুম্বা লীক্লমদা চৎলিবা মীওইশিংগী লম্বীদা চৎহন্নিংলিবা।

কলমনিষ্ট সনাজাওবগী চহী কয়া লেপ্তুনা পাও-চেশিংদা ইরক্লিবা আর্টিকলশিং পারুবদা উরিবদি চৎথরিবা মতমসিদা লৈরিবা লৈঙাকলোন, চৎন-কাঙলোলশিং অমদি খুনাইগী শক্তমসিদা পেন্দবা, শেমদোক্লিংবা অমদি নুঙাইতবা কয়া অমা ফুমদুনা চৎলি হায়বসিনি। অশোয়বা অৱাৎপা পুন্নমকসি কোকহন্দুনা মতীঙ লৈবা মণিপুরি খুনাই অমগী মঙ মঙজবগী মমি তাই। হীরম খরদা মোৎ খেন্নবা য়াওরবসু মণিপুরি খুনাইদা কলমনিষ্ট অমগী মায়কৈদগী কলমনিষ্টকী ফিদা অমা শাগত্তুনা অহাম্বা ওইনা পুথোক্লিবা "কলমনিষ্টকী টাবু" কৌবা লাইরিক অসি তোঙানবা মথেল অমনি, নৈনবদা কাননগনি। কাউরোইদবদি নোংপোক থোঙখক্তদা য়েংদুনা লৈবা নত্তবা অঙনবা মতমগী ইপা-ইপুশিংনা খা-ৱাং, নোংপোক-নোংচুপকী লৈবাকশিংগা অচেৎপা মরী থমদুনা, চৎমিন্নদুনা মতীঙ লৈজবা চীঙমী-তম্মীগী অপুম্বা খুনাই অমগী শক্তম ঙাক্লুনা শাগৎলকখিবা শক্তম অসি কায়হন্দনবা হোৎনবদুনি।

*ইম্ফাল, উরিপোক*

*চৈচৎ ৭/১০/২০০৬ কুমজা* *পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ*

# ৱাহৈ খরদং

ওজা সনাজাওবগী য়ুখল মরুমগী আর্টিকলশিং (লোইনমক নৎত্রবসু) অয়াম্বদি পাউচে ওইনা লৈরিঙৈদা পাম্রে। মখল-মখা কয়াগী সবজেক্টশিং মনুং হূৎচিন্না য়েংদুনা মীয়ামদা মমল য়াম্লবা ইনফোর্মেসন পীবদা নত্তনা অকনবা শাফু অমা পীখি হায়না খনখি। অয়াম্বদি নেসনেলিজমগী কেরেক্তররোমদা নকশিনবগা লোয়নননা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন শেমগৎপদা মতেং পাংবনি। অদুবু ***য়ুখল মরুমদা কলমনিষ্টকী টাবুদা নেসনেলিজমগী ঈচেল ঈরাওখোল*** ওইনা অমুক লাকপসিদদি হান্না ফংলম্বা মহাও অদুদগী য়াম্না হেনবা মহাও অমা অমুক য়াওরক্লে। য়াম্না নুংঙাইরিবদি, পন্দুপ মঙা থোক্লা খায়দোকপা অসিনা অপাম্বা সবজেক্টশিং খন্দোক্নুনা পাবগী খুদোংচাবদু লৈরে। খুদোংচাবা অসি ফংলবা মতুংদদি হান্না খঙলমদবা কয়া অমসু অমুক খঙলক্লে - অঙাংদগী অহল ফাওবা অমদি ইচম চম্বা ৱাফম খরা খঙবা পাম্বা মীওইদগী সোসাইটি অসিগী শোয়রবা ফীবমগা য়াওন্নবদা চোকথরদুনা অনৌবা মায়ওন অমা য়েংলিবা মীওই ফাওবদা কান্নবা পীবা ঙম্বা মচাকশিংনা থন্না য়াওরম্লে। মী মীগী অপাম্বা খন্দোক্নুনা পারগা কান্নরবা ৱাফমশিং খঙদোক্লবগী অমদি সোসাইটি অসিগী ওইরিবা ফীভমদা অফবা ৱাখল্লোন অমা শাগৎপদা দরকার ওইবা মচাকশিং লৌবগী তাঞ্জা পীরে।

নোংমা ওজা সনাজাওবনা হায়খি, য়াম্না লীক্লা য়ামদবা ৱাহৈ খরতনা ফোঙদোক্লিংলিবা ৱাফমশিং ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি। পাউচেদা আর্টিকল ওইনা লৈরম্বশিংদু লাইরিক ওইনা পুথোরকপসিদা ৱাহৈ লীক্লা শীজিন্নরগা ফোঙদোক্লিংলিবা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদু হেন্না ময়েক শেংলক্লে। ৱাহৈ লীক্লা শীজিন্নবগী মথক্তা অওনবা অমগা শাগোন্নরনা চৎলিবা মণিপুরি সাহিত্যদা অনৌবা ৱাহৈশিং নৎত্রবসু মতমগী ঈচেল-ঈরৈনা লাকহত্তুনা থমখ্রবা ৱাহৈশিং ওজা সনাজাওবনা নৌহৌননা পুথোরক্লি। মসিমসু ওজা সনাজাওবগী খুদোল অমনি।

য়াম্না চেকশিনবা রিছার্চ ৱার্কশিং চত্থরগা ইখিবা আর্টিকলশিংগী ঈচেল ঈরাওখোল অসিদা হন্না হন্না পন্নিংবা ৱাফম অমদি, মসিনা হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নবা পীরগনি হায়বসিনি। কনাদা অমদি করম্বা সবজেক্টশিংদা কান্নবা পীগদৌরিবনো হায়বদুগী পনখে অমা লৈত্রবগুম্না তৌরি। করিবু হায়গদবনো খঙদে - মহৈ তমখৎলক্লিবা মহৈরোয়শিংগী রিফরেন্স বুকনি, খঙনীংবা ৱাফমশিং খঙনবা থিনবগী রিফরেন্স বুকনি, সোসাইটি অসিগী

ওইরিবা ফীবমগী হিষ্ট্রিগী চফূনি, নেসনেলিজমগী কেরেক্টর শাগৎপগী শউমদগী হৌরগা ওখাক কনবা শাফূ ফাওবগী ঈথিলনি, ঈপা-ঈপুগী খোঙ্গুল লীফমনি, ঙমখৈ অমদি অপূনবগী শক্তমগী চৈঙাকনি ......।

য়াম্না ব্রানা হোৎনবনি হায়না ওজা সনাজাউবনা হেক হেক হায়। পীরিবা মহাও অমদি কান্নবশিং অসি মীয়াম্না নীংথিনা লৌরবদি ওজাগী অব্রামল ওইগনি খল্লি।

হায়নীংবদি য়াম্মি অদুবু অফবা মহাও অমদি কান্নবা পীগদবা লাইরিকশিং মথং মথং পুথোরক্কনা মীয়ামদা মখা তানা অফবা মহাও অমদি কান্নবা পীবীখো হায়বা অসি নত্তনা পঙহায়দা হায়রুরবসু অরান-অহুয় ময়াম য়াওশিনখিদুনা ওজাগী মগুণ লৈরবা লাইরিকসিদা লঙশিনবা ওইনা থোক্কনি।

*পোলেস কম্পাউণ্ড, ইম্ফাল*

*চৈচৎ ওক্তোবর ১, ২০০৬*

**খোগেন্দ্র খোমদ্রাম**

এডিটর, সঙাই এক্সপ্রেস

# হায়জনীংবা খরদং



কলমনিষ্ট হাওবম সনাজাওবগী লাইরিক **য়ুখল মরুমদা কলমনিষ্টকী টাবু** মাঙজৌননা পাজরে। অইবনা হৌব্রবা পুবারী অমসুং হৌজিক্কী ওইরিবা অনীগী লংদাই অসিবু শম্নহন্দুনা খুনাই অসিগী পরিং পথাপ কায়দনা চখ্খিনবা লশ্বী অমা শমজিনবা পান্বা অদু লাইরিক অসিদা মমি তাই। নুপী খুনাইগী থাক ব্রাংখৎহন্নবগীদমক্তা অওৎ-অনৈ লৈতবা অব্রাংবা খুনাই অমা ওইহনবা পান্বগী ব্রাখল্লোন তশেং-তশেংনা উৎলি।

অইবনা চীং-তমগী ব্রাফমদা হকচিন্না লৌবগা লোয়নননা মণিপুরগী ইন্টেগ্রিটি কায়হন্দনবা ব্রাফমদা মরিক চুম্না অমসুং দাইত্ব লৈনা ইরি। মসিবু ওইথোকহনগদবদি, পরমপরা অমসুং ঙসিগী অপূনবা পুন্সিরোলগা শমজিন্নরগা চীংগী থমোয় খোনবা ঙম্না খোমজীন-তাশীনবা অসিতনা ওইগনি হায়না অইবনা থাজে। মণিপুরি নেশনেলিজমদা অইবনা পীরিবা খুৎথা অসিমক্তি তশেংনা শীংথানিংঙাইনি। লাইরিক অসিদা শেম্মীৎলোন অমসুং লৈঙাক্লোনগী থৌওং মায়ওল চুম্না পীনবা হোৎনদুনা অপাবশিংদা কান্নরবা ব্রাফম কয়া নৈননবা পীরি। হৌজিক লৈরিবা তংদু-লৈতাদ্রবা মণিপুরগী প্রোব্লেমশিং অসি ব্রাখৈনবা হোৎনবদা অইবনা পূক্লিং হকচাং য়াওনা শরুক য়ারি হায়বসি উৎলি। অইবা অমা ওইবদা নত্তনা অহোংবা পান্বা রিফোর্মিষ্টকী ব্রাখল্লোন চেল্লি হায়নসু অইববু উজবা ফংঙি। শম্না হায়রবদা লাইরিক অসিনা অপাবশিংগী মফমদা লৈবাক্কী ওইবা ব্রাফমশিং লায়না য়ৌহনবা ঙম্লগনি অমসুং মীয়ামগী মীৎ-নাকোং শিংহনবা ঙম্লগনি হায়জনিংঙি।

মণিপুরি নেশনেলিজম ঈচেলগী অকনবা ঈরাওখোল অমা পীদুনা ইরিবা লাইরিক অসিনা ফুরুপ অসিগী হৌরকফম ওইরিবা মণিপুরগী ঙসিমক থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোকশিং অসিগী মপাউ তম্লদুনা মপানগী মণিপুরিশিংগী থমোয়বু নেসনেলিজমগী ঈথক্লা য়ৈহনবা ঙম্লগনি। কন্টেম্পোররি মণিপুরিশিংগীদমক অখন্নবা ষ্টদি অমতং তৌনবা পুথোকপা লাইরিক খন্নরকপদা মদু হাওবম সনাজাওবগী লাইরিক অসিনা কৌব্রু চীংশাঙগী চীংজাওমক নৎত্রবসু য়ামদ্রবদা চীং নাপোম অমগুম্না লেপ্লদুনা মীরোল অসিগী অমসুং লাক্কদবা মতমগী মীরোলশিংগী মখুবাক্তা শোয়দনা শিন্নবা ঙম্লগনি।

*রাজকুমার গুনচন্দ্রা*
প্রসিদেন্ট, ঈরমদম্ম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লুপ
(ঈমাখোল), অরাং পোৎশংবম

*ডিমাপুর, নাগালেন্দ,*
*চৈচং সেপ্তেম্বর ২১, ২০০৬ কুমজা*



# অইবগী ৱারোল

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং (আর্টিকল) অয়াম্বা *সঙাই এক্সপ্রেস পাউচে* না *ইম্ফাল ফ্রি প্রেস* ওইনা লৈরিঙৈ ইং ১৯৯৮ দগী অইবনা ইবা হৌরকপদগী ইং ২০০৬ ফাওবগী মনুংদা ইজখিবশিং অদুগী মনুংদা খরা খরা লৌখৎচবনি। ইবগী মওংদি, পাউ তম্বা অমসুং নৈনবগী মওংদা ইবনা অয়াম্বনি। ৱারেংশিং অসিগী মনুংদা খরদি খজিক খজিক (অপদেট) শেমদোকপসু য়াওরে অদুবু খরদি হান্নগী মপোপ কায়হঞ্জদে। অইবনা খ্বাইদগী হেন্না চেকশীঞ্জরিবদি, ৱারেংশিং অসিনা পীরিবা ইনফোর্মেসন অসিনা অপাবশিংনু শেরান্নবা মায়কৈদা লমজিংলুগদ্রা অমসুং কান্নদবদা কাঙলুপ নৎত্রগা মীওই খরগী মবুক নাহল্লুগদ্রা হায়বসিনি। মুক্নরিবা মায়কৈ অনিদা খোই মহুম চৈনা থিনবগুম্না শাউহল্লুবদু কনাগুম্বনা জর্নেলিজমগী মায পাকপনি হায়না লৌববস্ অইবদি মদু খাঙনীংদে। মায়কৈ অনীনা পাম্লিবা ইনফোর্মেসন্দু মমুৎ তানা নীংথিনা পীনবা হোৎনদুনা অনীমকপু অচুম্বা মায়কৈদা চৎহনবা ঙমনবা হোৎনবগী থৌওংসি কনাগুম্বা ষ্টেটসমেনশিংনা ঙস্মি হায়বগী মীৎয়েংদা খুৎ থানবা হোৎনজবনি।

ঙসি মণিপুরগী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অমসুং উবা ফংলিবা (মপানগী) শক্লোনশিং অসিদা নত্তনা নুংগী অশেংবা শক্লোনশিং অমদি তুংদা ওইরকপা য়াবা লৈবাক খুনাইগী শক্লোনশিং অসি উরুবদা ঙসিগী মণিপুরিশিংগী থমোয়দা ফাওরমগদবা নুংনাংবা, খোয়রাঙবা অমসুং অকিবা অসিনা মরম ওইদুনা পাউদমনীংবা, তান্ন-তীক্রনীংবা অমদি খোমজীন-তাশীননীংবা অসিমক অইবগী মফমদসু ফাওজবদগী ইনিংবগী ঈখৌলাংবা পোকচখিবনি, ইবা হৌজখিবনি। মণিপুরগী চাউথোকচনীংঙাই ওইরবা পুবারীগী মগুন অদুবু মায়কৈ খরদগী য়ৈখায়-থিনগায়রকপগী শাফু অসিনা কনবা হেঞ্জিল্লকপা অসিনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা ঈরৈচা খরগী মীৎয়েংদদি লৈবাক্কী শক্তম কনবা ঙমলরোই, জাতিগী খোঙচৎ কায়রগনি হায়না উপাই লৈতবগী মওংদা খোঞ্জেল থোক্লকপা অসিনা হেন্নদুম

ইনিংবগী ঈশৌ লাংহনখিবনি। য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মশাগী লৈফম থোকপা পুৱারীগী মমল য়ামখ্রবা মগুন লৈজদুনা ঙসি ফাওবদা নেসন ষ্টেটকী লীক্লমচৎ করিগুম্বা তাঙ্কক্তসু খাইনদ্রিবা ইমা মণিপুরগী অদুঙৈগী শক্তম্বু লম্মখাঙদগী শাগৎখিবা অৱায়বা শক্তি খরনা কায়হনবা ঙমগনি হায়বা ৱাফমসিদি কনাগুম্বনা থমায়রগা পঙথদুনা লৈরোইদবা, পাঙদুম-তুমদুনা লৈরোইদবা অমসুং ঈশানা ঈখোঙ থোংনা লেপচবগী ঈহৌদা শরুক য়ারিবা মীওইশিংগী মফমদদি থাজবা ঙম্লোইদবা ৱাফম্মি হায়বসি অইবনা চেৎনা থাজজে।

নীংশীংনীংঙাই ওইবদি, ঈরৈবাক্কী আসাবু তেমশীঙনরকপা শাফুসি কল্লমদ্রবদি ঙসিগী উতাংবী মনা চার-চারদুনা পাঙদুম-তূম্লম্বা নোংশা মচাশিং মীৎকপ থোক্লম্লোই। লাঞ্জাও মনুংদা শেল্লম্বা লম্বীগী কান্নবসু লৈ। লুরিবদি, ঈশানা ঈখোঙ থোংনা লেপচবা ঙম্মা ঈশাগী ফংফম থোকপা পাঙ্গল লৈত্রিঙৈদা খুৎনা লাম্বা ফংলে হায়দুনসু জাতিগী মহয়দি করম্মা হেক্কদৌরি! ঙসিগী তেমশীঙনরকপা শক্লোন অসিবু পুরকখিবা ঐখোয়গী হীক্লোম-হীক্লোম্বা জাতিগী তাইওন্নবা পুন্সিরোল অসি পুদুনা মখা তানা চত্থরিঙৈদা তেমশীঙনরকপশিংবু নম্ফু-হাফুদা লাকশীন্দুনা পজেঙ ফীরাল থেৎলুবা তারবদি মদু কান্নদবা, তুং কোইদবা মায়পাকপনি। ঙসিগী পুৱারী ঈচেলনা পামজরিবদি,ঐখোয়গী শেন্মিৎলোন, ঈনাৎ অমসুং খুনাইগী অপূনবা থাক অসিবু চপ চানা মপাঙ্গল কলহন্দুনা হীরম খুদিংদা ঈখোঙ ঈরোমদোম লেপচবা ঙম্বগী ফীভমদা লৈহনবা অসিনি; মীপূম খুদিংমক্কী লূ-তোংদা জাতিগী শেংলবা ঈচেল চেলহনবা অসিনি। নেসনেলিজমগী ঈচেল ঈরাওখোল অসিনা জাতিগী ওইবা অরুবা লাইহৌ খুদিংমকপু ৱাখৈবা ঙম্বগী এন্টিবাইওটিক্সি হায়বসিদা মীৎয়েং থমজরগা লমদমসিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অমদি মরুওইবা মীশকশিংগী মপাউ তমজনবা লাইরিক অসি পুথোকচবনি, লেপ্পা লৈতনা কেম তোইনা মৱাক চমথরক্লিবা মণিপুরি নেসনেলিজমগী হীয়াইশিং অসিবু মতম চানা মখোঙ শোন্বীদুনা কুমগী নোংহৌ লাকপদা য়েন্নীং হুল্লক্লবা ৱাখল মীৎয়েংদনি। মসিমক্লা মতীক চারে হায়বরোমদা নাপল হেদোংনা পুথোকপা নৎচদে। লাইরিক অসিনা কনাগুম্বদা নুঙাইহন্দবা থোকপা তারবদি মদু একাদেমিক ওইবা মওংদা লৈবাক্কী কান্নগনি হায়না লৌজরগা মোত অমত্তং পীজরুবগী ৱাফম্মি হায়না লৌবীগনি। পাবীরিবশিংনা অফবনি হায়না তাকপীরকপা খিবিক হরাওনা লৌশীঞ্জগনি। অশোয় অঙাম লৈবা য়াওরবদি মথঙগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

ইমাগী ঙকশমদা থোল্লিবী য়াইচেনবী লীকফাঙগী মরক্তা হৈরু-হৈগায়গী লীক্লু অমত্তংবু ওইরবসু ওইত্তনবীনবা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবগী লম্বী লমদল্লিঙৈদা চাউনা পূক্লিং থৌগৎপীখিবা নুংশিজববা ***ঈরুপলোই*** অর্মা. মমল য়াম্লবা মতেঙ

পীবীরকখিবা ঈরৈচা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা অইবনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। ***সঙাই এক্সপ্রেসকী প্রোপ্রাইটর সাগম নিশিকান্ত*** অমসুং ***এডিটর খোগেন্দ্র খোমদ্রামনা*** লাইরিক অসি ফোঙবগী অয়াবা হরাও-হরাওনা পীবীরকখিবা অমসুং সিডি রাইটিং তৌথোকপীরক্তুনা পীবীরকখিবগীদমক্তা অইবগী পুক্নিদা শিংঙন্নরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি। থবক অসিদা মতেঙ পীবীখিবা ***থোকচোম হেরোজিৎ*** অমসুং ***রনবীর মঙাঙবু*** অইবনা পুক্নিদা কাউজরোই। ***ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টরস, বোরোই মখোঙ, ইম্ফালগী প্রোপ্রাইটর থিংঙুজম ভুমেশ্বর*** অমসুং ***কম্প্যুটর ওপরেটর মংসিদম অরুন সিংহ***না থৱায় য়াওনা হোৎনবিখিবদু পুক্নিসিদা কাউঙমদনা লৈহৌরগনি। ***নেসনেল রিসার্ছ সেন্টর (এন আর সি)*** মণিপুরগী থৌপুবশিংনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা পীবীরকখিবা মতেং অদু অইবনা পুক্নি চুপ্পা কাওজরোই। ***ওল মণিপুর মেডিয়া রাইটর্স এন্দ কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন***না ফোঙবগী দায়ত্ব লৌবীদুনা পীবীরকখিবা মমল য়াম্লবা মতেঙদু নৎলমদ্রবদি লাইরিক অসি মতম চানা পুথোকপা ঙমজরম্লোই। মমল নাইদ্রবা তৌবীমল অসিগীদমক পুক্নিসিদা লমন তোনশিল্লবনি। ***ওল মণিপুর মেডিয়া রাইটর্স এন্দ কলমনিষ্ট য়ুনিয়ন*** মায়পাকপা ওইবিয়ু।

*ক্যামৈগ, ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট*
*চৈচৎ মেরা ৭নি পানবা ইরাই,*
*মালিয়া কুমশিং ৩৪০৩*
*খৃষ্টগী চৈচৎ সেপ্তেম্বর ২৯, ২০০৬*

*হাওবম সনাজাওবা*
*কলমনিষ্ট*

# য়াওফম তাকপা

| ৱারেং মমিং | লামায় |
|---|---|

## অহানবা পন্দুপ

| ৱারেং মমিং | | লামায় |
|---|---|---|



## অনিশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা পন্দুপ



## মরিশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা পন্দুপ

# আসা পীবা অনৌবা চহী

চহী লোইবা অমসুং হৌবনা মীওইবগী পুন্সিদা পীরিবা ইথিল মরুওইনা অহলশিংদা পীরিবা ইথিল অসি পূক্লিং য়াম্না নুংশিনীংঙাই ওই। অহলশিংনা হেক হেক হায়নরি, মতমগী খোঙজেলসি য়াঙমনপ্লে। অদুবু তেল্লবা মতমগী মনুংদা পুন্সিবু য়ারিবা মখৈ শীজিন্নদুনা পুন্সিবু শাংদোকহনবা য়াই হায়বসি নীংশিংনদে।

অসুম্না, চহী লোইবা-হৌবগী সেল্লিব্রেট তৌবনা কান্নবা কয়া পীরি। মীতৈশিংগীসু লমতা থাদা চহী লোই। শজিবু নোংমা পানবদা চহী হৌরি। মসিনা মীতৈশিংগী পুন্সিরোলদা য়েন্নিং চোংহল্লি। মতৌ অসুম্না খৃষ্টান চৎপা মীওইশিংনা গ্রিগোরিয়ান কেলেন্দরদা য়ুম্ফম ওইরগা জানুৱারী অমগী অহিং নোংয়াইদগী নুমিৎ শারকই। মসি মমাঙঙৈগী ইজিপসিয়ানশিংগী খুদুং ইন্দুনা চত্থরকপনি। হিন্দুশিংনা অয়ুক নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ অমা হৌই, নুমিৎ শারকই। মসিনা চালদিয়ান-শিংগী খুদুং ইল্লকপনি হায়নৈ। জিয়ুশিংগীনা নুমিৎ হেক তাবদগী অতোপ্পা নুমিৎ অমগী মশীং থীবা হৌরে। গ্রীক্কো-ইজিপসিয়ান এষ্ট্রোনোমর **টৌলেমাই** গী তুইইনবশিংনা নুমিৎ য়ুংবদগী হৌরগা নোংমগী পুংফম মশীং থীবা হৌরকই।

অসুম্না মালেমগী মফম পুম্নদা পাঙথোক্লরিবা চহী লোইবা হৌবগী থৌরম অসিমক গ্রিগোরিয়ান কেলেন্দবদা য়ুম্ফম ওইরবসু চহী শারিবা থাবুম ১২ অসিমক রোমান সিবিলাইজেসন্না তপ্না তপ্না মালেমগী মীৎয়েং খোয়দাফম ওইনা অমসুং ওমজনীংঙাই ওইনা শাগৎখির্বনি। রোমানশিংনা মতমগী মমল খঙনা ৱাহন্থোক নৈনা পাল্লকখিবা অদুমক্কী মহয়না মালেমগী পুৱারীদা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চৎলবা রোমান সিবিলাইজেসন খুদোল তৌবা ঙম্লম্বনি হায়বা য়াই।

জানুৱারী হায়বা ৱাহৈসিমক লেটিন ৱাহৈনি। মদুগী ৱাহন্দি থোঙ নৎত্রগা থোঙ শঙবা হায়বনি। রোমানশিংনা অহানবা থা অসিবু চহীগী থোঙ হাংবা থানি অমসুং থোঙশঙবা লাই লৈবা থা অমনি হায়না লৌনৈ। *জানুৱারিয়স মেন্সিস* হায়বদি জানুসকি থানি, অনৌবা চহীগী অহানবা ফাওদোকফম থোঙ্গালনি হায়বসিনি। থোঙশঙবা লাই জানুসকি মায়থোঙ অনী পাল্লি, মকোক্তি অমত্তনি। মমায় অমনা মমাঙলোমদা য়েংঙি, অতোপ্পা মমায় অমনা মতুংলোমদা য়েংঙি। তুং-মাঙগী লম্বী অনীমক য়েংলিবা য়াম্না চেকশিনবা জানুৱারী থাগী ৱাহন্থোক পীরিবনি। হায়বদি, ৱাখল লৌশিং পোকহন্নবা হোৎনরিবা অমসুং চেকশিন্না মথৌদাং পাঙথোক্লবা হোৎনরিবা শক্লোন অমনি। জানুৱারীগী মায়থোঙ অনী লোঙবা শক্লোন পুবগী ৱাহন্থোক অসিমক্লা মরম ওইদুনা ঐখোয়বু হেন্না ফবা পুন্সিগী থাক্কী খুদা অমদা চিংখৎনবগী তাঞ্জা অদুমক পীরিবনি।

জানুৱারীগী মাঙলোমদা য়েংলিবা মায়থোঙ অসিনা অনৌবা আশা কয়া পুদুনা অচেৎপা ৱাখল অমদি থাজবগা লোয়ননা লাক্লিবা অনৌবা চহীগী মনুংদা খ্বাইদগী

**কল্পমনিষ্টকী টাবু** কর্টসী : সঙাই এক্সপ্রেস, ২৯/১২/২০০৫

ঙমজবা মওংদা ইশা-ইশাবু শীজিন্নবা হোৎনবা অসিমক ৱাখল্লোনসিগী মীৎয়েংনি। ঙসিগী অনৌবা চহী অমগী থোঙ্গাল ফাওদুনা চঙনবা হোৎনবগা লোয়ননা অনৌবা ৱারেপ লৌদুনা পুন্সি লানফম মায়পাক্লা থেংননবা পুক্লিং থৌগৎলিবা মায়থোঙনি। চৎথ্রিবা চহীগী তমথীরবা শক্লোন্না পীরল্লিবা চৈনাখোল অদুনা খুদোল তৌরম্বা মুক্নবা, খাইবুং খাইবুংনবা খিবিক কায়নবগী পাঙ্গল হাপ্লিবা মীৎয়েংনি। অসিগুম্বা লৈবাক খুন্নাইগী অমদি লন্নাইগী ওইবা নুংঙাইত্রবা থৌওংশিংনা ঐখোয়গী মাঙদা মথি ফোঙদুনা লৈরিবা ঐখোয়না পামদ্রবা খিবিক পুল্লপ-পূন্না লৌথোক্তুনা লংশেকখিবা ঙমদ্রবসু ঐখোয়না করিগুম্বা খরদি শোয়দনা তৌবা ঙমগনি, মরমদি ঐখোয়না হোৎনরিবা থৌওংশিং অসি পীকসনু নৎত্রগা চাউসনু; মদুনা করিগুম্বা অহোংবা খরদি শোয়দনা পীবা ঙমগনি। থোমাস চেরুভিলনা হায়বগুম্না, ঐখোয়গী ওইনীংবা ওইজসনু নৎত্রগা হন্থনা পীক্লা পাঙথোকচসনু, মদুদা করিসু অকায়বা লৈতে; তৌবগীদি করিগুম্বদা থেক্লবা য়াবা থৌদোক খুদিংমক থেংননবা শেম-শারবদি ঐখোয়না তশেংনা অচুম্বা অনৌবা খরা খুদোল তৌরে হায়না পেনবা ঙমফম থোকই।

জানুৱারীগী অতোপ্পা তুংলোমদা য়েংথোক্লিবা মারথোঙ অসিনা ঙসি ঐখোয়না চঙশিনগদৌরিবা থবকশিং অসি হৌখিবা থৌদোক্তি এক্সপরিয়েন্সদা যুম্ফম ওইরগা, থবকশিং অদুদা থাদগদৌরিবা ঐখোয়গী পাঙ্গল লৌশিংগী বিসোর্স, শেম্তুম্নচিংবা অকক্ল বা লৈরিবা ফীবম অসি হান্নগীগা চাংদম্নদুনা মুন্না য়েংবা তাই । হৌখিবা চহীশিংদা ফংখিবা মায়থিবা অমদি মায়পাকপগী থৌদোক কয়াগা লোয়নখিবা অদুগুম্বা লৌশিং পুরদুনা জানুসকি থোঙ্গালদা চঙগদবনি। থৌওং অসিদা ঐখোয়না ঙমজবা থাদুনা হোৎনরগা ইশাবু পুক্লিং হকচাংগী পাঙ্গল হাপ্পা তাই, মদুনা ঐখোয়গী তুংগী লম্বীদা থোরক্কদবা শীঙনবা কয়াবু চপ চানা থেংনদুনা মায়পাকপগী ময়েক লাববা থোঙহৌফম শোয়দনা ওইহনগনি হায়বসিনি।

তশেংনমক, অনৌবা চহীগী থৌবম পাঙথোকপগী পান্দমস্ ঐখোয়গী পুন্সিদা করি কবি থোক্লিবগে হায়বদু মুন্না য়েংশিনবা, খঙদোক্লবা হোৎনর্বনি। মীওইবনা হোৎপু হোৎনরবদি অৱাংবা থাক য়ৌবা ঙল্লিবনি, ঐখোয়না মীওইনা পোকপগী মমল লৈরবা য়াইফবা পুন্সি ফংবা ঙল্লিবনি। পাউরৌ অমনা হায়বগুম্না, মী পূম্বা হিংলি হায়রগসু, তশেংনা হিংলিবদি ফিদম লৈনা হিংলিবা মখোয় খরখক অদুত্তনি। অসিগুম্বা হিংনা হিংনা পুন্সি মহয় য়ানবা ফংজনবগী তাঙলবা তাঞ্জা অসি মাঙহন্দনা ঐখোয়না হোৎনবা তারবদা ঙম্লগনা থোইনা হেন্না ৱাংবা, ঙমহৌদ্রগনা খরা খজিক্তং ওইরবসু ফংহৌবা তাবনি। মদু নৎত্রবদি পুন্সি অসি ৱাখল য়াওদনা চৎপা, মীগীদমক পাল্লকপা কোক ওইবা তাবনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না চুম্না চৎলিব্রা হায়বসি হঙ্গৎনা য়েংফম থোকই।

কনাগুম্বনা হায়, পূম্নমক মপুগী লীলানি। লঙজরুবা পাপ কয়া লাই খুরুম্লগা কোকপা ঙম্মি। মসি মখোয়গী দায়ত্ব লৈতবগী ৱাফম্মি। মখোয়না শোয়খি-লানখিবা খিবিক দায়ত্ব লৌদবগী ৱানি। মীদি মশানা মরায়বক শেমজবা খুৎহৈবনি হায়নরিবনি। মসি হায়দুনসু তহা-তহানা তৌবা খক চুমদে। ঐনা পাম্বদুমক হেক্তমক ফংগনি হায়রুবা

য়াদে। হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মায়থীবগী মাঙ থানা নাপল হেক্তমক লৈরম্মী। নাপলনা নুং-পাল ওম্থোক্তুনা পুন্সি লানফমদা মায়থীখিবগী, য়ৈন-কাঙক্রম ওইনা মফোন থোকখিবগী নোংবানগী ৱারী মোইরাং কংলৈরোন্না পাউজেল পীরি। মসি থোক্তনবা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা থৌদাং অদু পাঙনবা হোৎনবদা কয়ারক হন্না খঙ্গুবগী, হীরি কোনবগী থৌওং চখরি। মসিনা ঐখোয়গী মায় পাকপগী চাং ৱাংবা তাবনি। লাই খুরুম্বা হায়বসিমক খঙ্গুবা, হীরিকোন্বগী মপুং ওইবা শরুক্তি। অরায়বা লোন্দাদা লাই খুরুম্লগা নীংথিনা চঙশিনগদবনি হায়বসি চহী হৌবগী অচেৎপা ফিরেপ ওইফম থোকই।

মতৌ অসুম্না অনৌবা চহীগী য়াইফবা পুরক্লুবা হোৎনবগা লোয়ননা অরিবা কান্নদ্রবশিং চৎখ্রসনু। ঐখোয়গী খঙ্গহৌদ্রবা চিহে নাইবা ৱাখলবু য়োকখৎপা, খোয়রাঙ খোয়শাওনহনবা ৱাখল, লৈবাক খুন্নাইগী য়েংদবা নাপল তৌবগী অমনবা অরিবা থৌওং অদু চৎখ্রসনু। অদুবু থৌজালগা লোয়ননা ঐখোয়গী থম্মোয়দা তুংদুনা লৈরিবা, থায়নগী নুংশিবা হৌজিক ফাওবা চুমদুনা লৈরিবা অরিবা ৱাখল্লোনশিং অসিবুদি মতম চুপ্পগী ওইনা লৈহৌখিসনু। মীওইবা খুন্নাইগী অমদি জাতি অসিগী তুংলমচৎকীদমক্তা শেন্নবিরম্বা মীওইশিং, কুমজা কুমওন খুদিংদা হেন্না হেন্না নুংশিবা ফাওহল্লিবা মখোয়গী হিংলম্বা অমদি হিংলিবা পুন্সিগী মমলবু তুংগী মীরোলগীদমক্তা ঙসি ঐখোয়দা শিন্নবিরিবা অদুগুম্বা অরিবা মীওইশিং অমদি ঐখোয়বু অচুম্বা মায়কৈদা পুরিবা অরিবা হৌন-লোনচৎ, খুন্নাইগী পুন্সিবু মমল লৈনা পুথরিবা য়েলহৌঙৈগী অরিবা চৎন-লোনচৎ, নাৎ অসিবুদি মতম চুপ্পগী ওইনা লৈহৌখিসনু।

অদুগা লুচিংবনিদি হায়রগা লোনজা-লোন থুপ্নবা, মীচম মীয়াম্বু উশীত্তবা, লূজদবা ৱাঙাঙ ঙাঙবা মবুক শেংদবা নাপল তৌবা লুচিংবা শাবশিং ঙম্নমক চৎখ্রসনু। চিংনবা মীৎয়েং য়েংনবা, ঐখোয়গী পুন্সিরোলবু চুম্না পুথবদা লম্বী নাথৈহল্লিবা অনৌবা মতমগী ফেসন, লৈবাক খুন্নাইগী পান্দমগা মৌনবা নিয়ম চুমদ্রবা কোক অমদি থম্মোয়শিং ঙম্নমক চৎখ্রসনু। মরম অসিনা ঐখোয়না পুক্নিং চেৎনা অমদি থৌনা লৈনা অচুম্বা মায়কৈদা ৱারেপ লৌরসি খোঙ থাংদোক্লসি। ৱাশক্কা লোয়ননা ঙল্লিমখৈ চঙশিল্লসি। ৱিল্লিয়ম জেমসনা হায়বগুম্না, ***পুন্সিবু ঙল্লিমখৈ শীজিন্নবা হায়বসি পুন্সিবু ঙল্লিমখৈ শাংদোকহন্নবগীদমক্তা করিগুম্বা খরগী চাদিং তৌবনি***। ঙল্লিমখৈ পুন্সিবু শীজিন্ননবা অনৌবা চহী অসিদা চঙশিল্লসি। ***মাইল লীশিং অমগী খোঙচত্তি শুপ্নগী খোঙকাপ অমদগী হৌই*** হায়বা চিনাগী পাউরৌনা হায়বগুম্না হোরেন হয়েং ঙাইদনা চঙশিল্লসি। ঐখোয়গী প্রাইওরিটিদি ইথৌ পাঙবসিনি। মীৎকুপসিদগী হৌরগা থৌদোক ৱাথোকশিংবু হিমায় চুমদুনা অমদি ঐখোয়গী ৱাশকপু থবক ওম্থোক্তুনা অনৌবা খোঙথাং থাংলসি, অনৌবা চহীগী ৱাশক ঙাক্লসি। ❑

# চীংগী থমোয় খোন্না
# ঙমখৈ ঙাকসি

ঙসিগী মণিপুর পুৱারীগী মতম অসি সনাদগী হেন্না মমল য়ামখ্রবা মতমনি। সনাদি মাঙখ্রবসু অমমুক লেপ্লা য়াই অদুবু ঙসিদি অমুক হন্না লাক্লরোই। মসিনা লনাই পুন্সিগা মরী লৈনবা ৱাফম ওইবা য়াই। মসিদগী হেন্না মমল য়ামলিবদি মণিপুরগী ঙসি ওইরিবা খুনাইগী অমসুং লৈঙাক্কী শক্লোন অসিনি। মণিপুরগী ঙসি ওইরিবা চয়েৎ-চনৈনরবা ফিভম অসিনা মথংগী মীৎকুপ্তা শোয়দনা অহোংবা পীরগদবা অসিগুম্বা তাঙলবা মখলগী মীৎকুপ অসিবু ইমীৎমক্লা উবা ফংজরিবা অমদি মসিদা হকথেংননা শরুক য়াবা ঙমজরিবা অসিমক পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়বা য়াই। মীওইনা পোকপা মমল য়ামখ্রবা মপোক অসিদা লৈবাক খুনাইগী ওইবা করিগুম্বা খরা অঙম্বা থাক্তা তৌরম্বা তারবদি ঙসি মণিপুবগী চয়েৎ-চনৈনরবা ফিভম অসিদা অঙল্লা চাংদা শরুক য়াবম্বা অসিমক চপচানা তৌফম থোকপা অমনি হায়বা যাই।

ঙসি লৈবাক্কী ফীভমনা চনৈনবা অমসুং অরুবা ওইবগী মতিক, ঐ-ঐনা শরুক য়াবা ফংজরবদি, মদুনা তশেংনমক ইথিল খরদি পীরবনি। ঙসিগী ঈচেল অসিদা ঈনোং কাহন্দুনা তুংগী লাইবক লেপ্লদা মতেং ওইহল্লবনি।ঙসিগী ওইরক্লিবা ফীভম্না মরম ওইদুনা মীপূম খুদিংমক্লা মহাক মহাক্কী পুক্লিং ৱাখলদা ফাওনরকপা খিবকনা লমজিংদুনা ঙসি লৈবাক্কী ওইবা থবক থৌওংশিংদা পাক্তক্লনা শরুক য়ারিবা অসিমক থোইদোক্লা শীঙথাবা য়াবা থৌওং অমনি। মসি অফবা তাল্লকপা অমসুং চিংনবা চয়েৎনবদগী নাথৈবা ঙমদ্রবা খুনাই অমগী লীচৎনি অমদি চহি লীশিং কয়া নেসন ষ্টেট ওইনা মনিং তম্লা পাল্লকপা লৈবাক অমগী মীয়াম্না লেপ্লা লৈতনা মনিং তম্লবা হোৎনবগা মরী শম্নরিবা পোলিটিকেল ওইবা খোঙথাং অমনি।

পুৱারীগী তাঙ্কক কয়াদা মীতোপ লৈঙাক্লা ঈচেলগী তোরৈ হোংহন্নবা হোৎনবদা চয়েৎ-খোয়েৎনবগী চৈথেঙ নংলবা ঙসিগী মীরোলদা কবিগুম্বা মফম মতমদা হিহোন মান্নদবা, মীৎয়েং খেৎনবা য়াওরক্লবসু মখোয় কয়াবু ঙসিগী ওইবা মীৎয়েংখক্তংদা লাল্লি নৎত্রগা চুম্মি হায়না খন্দোক খঞ্জিল তৌবা অসিমক যাম্না লুবা ৱাফম অমনি। ঙসিগী মীৎয়েংদা চুম্লবা ৱাফম কয়া হয়েংদি চান্নবক্তে, শীঙিন্নবা য়ারক্তে। অনকপা-অরাপ্পগী মীৎয়েং খেৎনবগুম ঙসি অমসুং হয়েংনা ঙরাং-নহানগী ৱাখল্লোন্দগী শাথীনা খেৎনবা লাকই। ঙসি ঙরাংগী ঐখোয়গী খুনাই অমদি লৈঙাকলোনগী ওইবা খোঙচৎশিংদা মিৎয়েং মান্নদবা, হিহোন তিন্নদবা থোক্লকপশিং য়াম্না লৈখ্রে। থোকহন্নিংদবা থৌদোক কয়া থোকখ্রে। অদুবু ঙসিদি অনৌবা মতমগী অওনবা অমা পুরক্লে হায়না লৌনরিবা মতমনি। পূনশীন্নবা চুমশীন্নবগী মতম লাক্লে হায়না লৌনরক্লবা ঐখোয়গী খোঙচৎনি। অসিগুম্বা তাঙনা ফংজরবা তাঙ্কক অসিদদি

মীৎয়েং মান্নদে হায়না শাথীনা য়াক্লা য়েংবা নৎত্রগা উৎপা তৌনররোইদবা মতমনি। মহাক্লা ফনা চুপ্লবসু মতমসিগী অওনবগা চূশীন্নদ্রবা থৌওং থৌদৌ অদুতনা লাল্লগদবা থবকনি। ঐখোয়না মীৎয়েং শান্না য়েংবা মওংদা চঙশীন্নিংলিবা পান্দম অদু তান্না চঙশীল্লকপা মতমদা চিখোন-নাওখোন্না অমদি কখোকপগা লোয়ননা চঙশীল্লগদবা মতমনি।

তশেংবমকসু ঈরমদম মণিপুরদা ঙসি মপুঙফাবা লুচিংবা লৈতবগী শক্লোন পুরিবা মতমনি। খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংনা হুন্দক্তা পাউচেগী খুথাঙদা চূমশীন্নবা ঙমদ্রিবা মীয়াম অসিগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকখিবদু য়াম্না লুনা লৌনিংঙায় ওইরিবনি। মীয়ামগী মরক্তা মী অমগা অমগা, লুপ অমগা অমগা, মীয়ামগা অমদি য়াওল ঈহৌ তৌরিবশিংগা লাপথোক্লবা মানবা শক্তম অমনা খুনাইগী শক্লোন ওইররি হায়বা অসিমদি লানগদবা মান্দে। তৌবদবু থংনবা খোঙথাংদা চীকখোন-নাওখোন্না তাশীল্লগা অচূম্বা মায়ওন পীফম থোকপা তঙায়ফদবা অদুমক মাঙদা তারি।

অদুমকপু, খুনাই হাযবসিদি লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা চয়েৎ-খোয়েৎনবনা থল্লবা সিষ্টেম অমনি। থবক তৌবগী নিয়ম নাইবা খোঙচৎ অমদি চৎনবীগী সিষ্টেম অমনি, অমদি ওথোবিটি ওইবগী অমসুং অমগা অমগা তেঙবাংনবগী, অমদি মীওইবগী লীচৎকী অমদি নীংতম্নবু পংখৈ নাইহন্দুনা অকক্লহনবগী নিযম অমনি হাযনা *মেকলবর* অমসুং *পেজি* না হায়বীবগ্না অদুনি। মীওইবনা অমগা অমগা ভাব তানবগী ব্রাফমদা য়ুম্ফম ওইরগা অমগা অমগা লোন্দিন্নবগী থৌওং চথরিবা মফমদুদা খুনাইনা হিংগদবনি। অমগা অমগা ব্রাখল ফাউনদবা মফমদুদা খুনাইগী ওইবা মরী হাযবসি লৈতবা তাবনি। হায়বদি, খুনাইগী ওইবা মরী অসি অমগা অমগা খঙনর্নরিবা মফমদুদা লৈগদবনি। অমগা অমগা খঙনদ্রবদি মীওইবগী মরী অসি লৈবা য়াদবনিনা মান্নবা ব্রাখল্লোন অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা খুনাইনা হিংলিবনি।

মতাঙসিদা নীংশিংবা য়াবদি, খুনাই হায়বসি লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা চযেৎ-খোয়েৎনবনা থল্লবা সিষ্টেম ওইবা মরমনা মদুদা ব্রাখল মান্নবা অমসুং মান্নদবা অদুমক থোকপা তারনি। অমদি থোক্লিবনি। অমগা অমগা ব্রাখল খঙননবা হোৎনবদা খুনাইগী মীওইশিংগী মনুংদা খেৎনবা থোকহল্লি। মসি তশেংনমক মান্নবা ব্রাখল্লোনগী অহোংবা মায়থোঙ অমনি। থোইদোক্লা খুনাইগী থাক ব্রাংলকপগী মতুংইন্না মান্নবা অমসুং খেৎনবা হায়বা অনী অসি মাযথোঙ অনী লোঙনা নাকল নাকল ওইনা হিংমিন্নরি। খেৎনবা অনীগী তোঙানবা ব্রাখল্লোনবু ইকায়খুম্ননা হিংমিন্নবা ঙম্বা অসিমক অখাঙকনবগী অমদি নীংতম্বগী মহাউ তংনা হিংমিন্নবা ঙম্বগী চাংয়েং অমনি। অমরোমদসু, খুনাই অসিবু করিগুম্বদা ব্রাখল মান্নবা অমদি অমত্তা ওইবা মশক্লা শেম্লবদি, খুনাইগী ওইবা চেৎলবা লীপূন্না মদুবু পুনবা ঙমলোই। মরম অদুনা খুনাই অদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা অমগা অমগা খেৎনবা লৈত্রবদি,

মখোয়গী মরক্তা লৈরিবা মরী অদু য়াম্না অকক্লরমগনি অমদি করিগুম্বদা অহোংবা নাইদবা শক্লোন ওইরমগনি। ঙসিমক মণিপুরি খুনাইগী মনুংদা য়ুমলোন্নবা ষ্টেটকী নাগানাইজেসন ঈহৌ লাক্লমদ্রবদি হান্নগী খুনাই অসিগী ঈরম ফুল্লম্বা, ঈচেল তমদ্রবা পুন্নবা ঈশিংগী ঈপাকথক্তা মণিপুরি খুনাইনা নীংঙায়দনা রাধা ভাব, গোপি রসতা ঙাউদুনা লৈরমখিগনি। অরুবা ঈচেল পাম্বা মীওইবগী হৌনশা ওইবনা অপুম্বা ঈচেল থাদোক্কুনা মতমদুগী ওইনা অনৌবা অফবা ঈচেলগী আসা তৌরুবা ঈরৈচা চীংমীশিংগী করি মরাল লৈখিবগে? পুমলূরবা খুনাই অসিগী ঈচেল অসিবু ঈরম ফাত্তুনা অনৌবা অফবা মায়ওন তমহল্লিবা হায়বদি, তুমদুনা লৈরুরবা খুনাই অসিবু মীৎকপ থোকহল্লিবা নাগা ঈহৌবু মায়কৈ অমরোমদা তশেংনা শীঙথাফম থোক্তবরা?

খুনাইগী তুংলমচৎ উবশিংনা ঙসি ওইরক্লিবা খুনাইগী ফিভমবু মাঙজৌননা খঙখিরম্মী। অহুমশুবা মিল্লেনিয়মনা চঙবা হৌখিবগী তাংকক অসিমক অপূনবা মণিপুরী খুনাইগীদি তশেংনমক হিংবা-হিংদবগী য়াম্না লুবা চাংয়েং ওইগনি হায়বসি ঈপা ইপু ওইবা মায়চৌশিংনা মাঙজৌননা তাকপীরম্লবনি। করিগুম্বদা অখাঙকনবা অমদি কথোকপগা লোয়ননা শাগৎপা অনৌবা মতমগী লীপন্না চীংমী তর্ম্মা মীয়ামগী থমোয়বু পুনবা ঙমহৌদুনা অমুক হন্না অপূনবা লৈবাক খুনাই ওইনা হিংগৎহৌবা ঙমদৌববদি পাম্নঙবগী লিগেসি ওইরিবা কংলৈপাক মণিপুরগী পুৱারী ঈচেল মখা তানা মোং হাদনা চেম্ববা ঙমগদৌরিবনি। অসিগুম্বা লুবদগী লুখ্রবা মণিপুর পুৱারীগী তাংকক অসিদা হিংবা ফংজরিবা অমদি অসিগুম্বা নীক-নীক লাওরবা শক্লোন অসিবু উবা ফংজদনা ঙ্মেজ-ঙ্মেজবা চাংদা শরুক য়াবা ফংজরিবা অসিমক মমল য়ামখ্রবনি, পোকচমন মহৈ য়াল্লবনি।

ৱাফম অসিগা লোয়ননা ঙসিগী মীরোলগী মরুওইনা মহা ওইবশিং অমদি নুপী ওইবীশিংনা ঙসি মাঙদা তাবরিবা অরুবা ৱাফমশিং অসিবু থেংননবা হোৎনবদা মশাগী শিন্থা কাউনরে, কথোক্লবগা লোয়ননা লৈবাক্কী থবক তৌনবক্লে। পুন্নমক অসিগী খোঞ্জেলনা পূমনিল নিল্লবা মণিপুর পুৱারীগী তাংকক অসিদা শকক য়ারিবা মীওইশিংগী খোঙথাঙদা হেন্দোক-হেঞ্জিনগী মওংদা অশোয় অঙাম খরদি অদুম্মক য়াওরমগনি হায়বসি পুন্নমক্লা য়ানগদবা ৱাফমনি। হান্নদগী চত্থরকপা লৈবাক খুনাইগী ওইবা থৌওংশিংদা অরানবা কথা য়াওরম্বা ঐখোয়না উরি। চত্থরিবা কনাগুম্বা মীওইশিং নৎত্রগা লুপশিংগী থৌওং খরদা অশাওবা, পেন্দবগা লোয়ননা চত্থবা সেন্টিমেন্টেল ওইবা মানবা থৌওংশিং ঐখোয়না ঙসি উরি। মসিদা পঞ্জনিংবদি, চত্থরিবা থৌওংশিং অসি তুংগী অফবা পম্বুং ফংনবগী পান্দম অশেংবা ওইরবদি করিগীদমক অপেন পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা লম্বী লমখাঙদা লমদনগদৌরিবনো? লুহুপ উপকদৌরিবা কোক অদুদি মতম খুদিংদা

কোমথোকপা য়াদে হায়বগুমনা থৌদাং চাওনা লৌফম থোকপা মীওইশিংনা নংত্রগা ফুরুপ অদুনা পুকচেল চাউনা অমসুং কথোকপগা লোয়ননা চঙশীল্লিবা অচেৎপা খোঙজঙ অদু য়েংলগা ঐখোয়গী অপূনবগী পান্দম নক্লবরা নংত্রগা লাপথোক্লিবরা হায়বদু লেপকন্দবনি। পান্দম উনা মোংহাদনা চঙশিল্লিবা খোঙজং অদুবু করিগুম্বা মায়কৈ অমদগী করেম-কথায়নরক্লবসু, অঙাওবা শীরবসু, মীতৈ নাগা তোঙান-তোঙানবা এন্টাইটিনি হায়না লান্না হায়রক্লবসু, মদুনা করিসু খোঙলৌ পলহৌবা ঙমহন্দনা লেপ্পা লৈতনা চঙশীল্লবা মতমদা ঈহৌগী মপাঙ্গল হাপকদৌরিবনি। মতীকচাবা লমজীং-লুচিংহৈবনি খঙলক্তুনা মীয়াম্না মতুং ইনগদৌরিবনি। মসি নত্তদুনা লুচিংবগী মগুণ কাউথোক্তুনা মীচম্না লুচিংবগুম ওইরম্লবদি ঙসিগী লুরবা তাংকক অসিগী ঐখোয়গী খোঙথাঙ অরানবা ওইগনি, ঐখোয়গী পান্দম ফংলোই।

চিরবা তাংকক অসিদা খোঙথাং লূমনা থাংলিবা ঐখোয়গী তৌফম থোকপদি অপাননা ঙমখৈ কনবখক নত্তে। নুংগী ওইবা লীপূন্না চেৎনা পুনবা ঙমলিবা কলচর, আর্ট, এডুকেসন অসিদা থব্রায় য়াওনা মিৎয়েং থম্বগা লোয়ননা শোথনা হিংলিবা চাংমীশিংগী হিংবগী থাক ফগৎহন্নবা হোৎনবা অসিখক্তংনা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তমগী থৌওং ওইগনি। মসিদা তুংকোইবা মীৎয়েং থমদুনা হোৎনবা অসিখক্তংনা ঐখোয়গী লেঙদ্রবা ওবজেক্টিব ওইগদবনি। লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা মতমগা চূশীন্ননা অমসুং লমদমসিগী লৈবাক লৈশাদা য়ুম্ফম ওইবা অশেঙবা এদুকেসন পীদুনা লমদমসিগী লম্মীৎ-তুম্মিৎলোন্না পীরিবা কায়নবা য়ারবোইদবা শক্তম অসি ঐখোয়না মুন্না খঙমিন্নগদবনি।

মণিপুব কন্টেক্সতদি চীং য়াওদনা তম্পাকখক্তমক হিংবা ঙমদে অমসুং তম্পাক য়াওদনা চীংখক্তমক হিংবা ঙমদে হায়বা চহি ২০০০ হেনবগী মণিপুর পুৱারীনা পাউদমদুনা লাকখ্রবা ৱাফম অসিবু চহী ৫০ খক্কী খাঙঙুথক্কী শাগৎ ৱারীনা মথক মখা ওন্থোক্লবা হোৎনরক্লিবা অসি ওইথোকপা য়ারোইদবা ৱাফমনি হায়বসি ঐখোয় পূন্না খঙমিন্ননবা অশেংবা এদুকেসন পীগদবনি। পুৱারীগী তাংকক অমদা কলচরেল ইম্পরিয়েলিজম্না হু কামশিল্লম্বদগী চীংমী তম্মী তোঙান তোঙানবা এনটাইটিনি হায়না উহল্লম্লবসু ঙসিদি এদুকেসনগী থোঙদা মদুগী লাংদগী নাম্থোকহন্দুনা ঐখোয় চীংমী তম্মীনা পোলিটিকেল, সোসিয়েল, ইকনমিকনচিংবদা পুন্সিগী অপূনবা খোঙথাঙদগী অমগা অমগা শেংতোক্লবা য়ারোই হায়বসি য়াম্না মুন্না খঙমিন্নগদবনি। ৱাফম অসিনা মাঙ থারগা অচৌবা কাঙলুপ ওইরিবা ফুরুপশিংনা হেন্না কথোকপা অমসুং অখাঙ কনবগা লোয়ননা শোথহৌরবা অপীকপা ঈফুরুপচাশিংবু হীরম খূদিংমক্তা শৌগৎপিবগী মতমদু ওইরে। ঙমখৈ ঙাকপদা চীংখক্তা নুংশিরগা চীংমীবু শেংনা নুংশিবা ঙমদ্রবদি কৈদৌনুংদা মায় পাক্লোই। ঙমখৈ ঙাকপগী খোঙজংসু চথসি, চীংগী থমোয়বুদি হান্না ঙমখিসি। ❑

## মালেমগী নুপী ঈহৌদা

# লমদমসিগী চনুরাশিং

হিংলিবা পুন্সি অসিদা নুপীশিংগী লনাইগী, ইমুং মনুংগী প্রোব্লেম কয়া কয়া লৈরবসু মদু থৌনাফনা থেংনবগা লোয়ননা খুনাইগী থবক্তা অমসুং লৈঙাক ব্রায়েল থৌদাগী থবক্তা নুপীনা মরুওইবা শরুক য়াদবা য়াদবগী তঙায়ফদবদু মালেম হুপ্পা মুন্না খঙনরক্রে। নুপানা চঙশিনবা য়াদবা মফমদা নুপীশিংনা খুদোল ফাওবা কাঙদনা য়ৌশিনবা ঙমলিবা অমসুং লূম্বদগী লূমত্তুবা লৈবাক খুনাইগী থৌদাংশিংবু ময়াম পূন্না পুমিন্নবা হৈবগী অমদি অখাঙকনবগী থোইদোকপা গুণ অদু নুপীদা তশেংনা লৈ হায়বসি নুপীবু ইকায়খুম্ন রিবা চাউখৎলবা লৈবাকশিংদগী ফৌনা নুপানা খুৎলিংদুনা থোয়চৎ-ব্রাংচৎননা পাল্লিবা লৈবাক খুনাইশিংনা ফাওবা থোইনা মুন্না খঙনবক্রে। নুপীনা ইমুংগী অমদি খুনাইগী মিংশেল ওইবনা ইমুংদুগী অমসুং লৈনাক খুনাইদুগী ফীভম ফংগৎহনবা মতমদা নুপীগী থৌদাং চাংথরমগনি হায়বসি ঙসিদি পলহৈদ্রবা ব্রাফম অমা ওইরক্রি। কন্নাগুম্না ফুলকপাশিংনা মীগী মিথা পোন্দুনা হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদনা লৈখ্রবদা মখোয়না অনু৮ ওয়া হিংনিংলক্লু য়াকায়রকপদা মনাংতম্না পান্নিংবগী, হিংনিংবগী ব্রাখলগা লোয়ননা য়াওল্লক্রবদি মদু নুপী ওইনীশিংগী মফমদা চেহ্নবকই, য়াওল ঈহৌগী শাদোংদু নুপীদা ওইরকই। মায়পাক্লুনা নংত্রেগা মারথীদুনা মীথা পোল্লবা ফুলপকী নুপীশিংগী পুন্সিসু নুপীগী লুতুংদা পুল্লিবা শম্বুলনা তশেংনা ওইক্লিবনি। মতম অমদা নুপীনা মশাং মশাবু মশক খঙজরক্লুনা লৈবাক খুনাইগী ওইবা বাবেপ লৌবা ঙমজরক্লুনা লেপখৎলকপা মতমদদি লৈবাক খুনাইগী থোঙথাং অদু মায় পাকপা হৌরবনি হায়বসি পুরারীনা খঙদ্ন ওইরি। মরম অদুননি, লনাইগী অমসুং ইমুংগীদা নঙনা অরানবা লৈঙাক্লা নমথাবিবনা লৈবাকশিংনা খাঙলিবা অরানবা থৌওং অদুবু থেংননবা মালেমগী নুপীশিংনা তৌগৎলক্লিবা।

ইং ১৮৫৭ মার্চ ৮ দা অমেরিকাগী ফেক্টরি মপুশিংনা নুপী শিন্নাশিংবু নোংমদা পুং ১২ চুপ্পা থবক শুহল্লগা খুৎশুমল লীক্লা পীবগী মাথোক্তা নুপীশিংনা অচৌবা ঈহৌ চঙশিনখিবা অদুদগী মায়পাক্লুনা শিন্নাশিংগী অতোংবা পুরকখিবা, অমসুং ইং ১৯১৭ মার্চ ৮ দা মালেমগী অহানবা লাঙ্গ্লাউগী অরা চৈথেং লংলবা রুশিয়াগী নুপী লাখ ২০ লোম্না চাক অমসুং *শান্তি পীয়ু* হায়না নিংথৌরেল জারগী মাথোক্তা লাওদুনা চৎখিবা ঈহৌ অদুনা জারবু মফম তাহনবদা নত্তনা *ওক্টোবর রিভোল্যুসন* লাক্লনবা ঈনোৎ পীখিবা অদুবু নীংশিংদুনা মালেমগী মফম পুম্নমক্তা *মালেমগী নুপীশিংগী নুমিৎ* হায়না পাঙথোক্লনি। য়ুনাইটেদ নেসন্সকী থাক্তা মেম্বর লৈবাকশিংগী ওফিসিয়েল ডেলিগেসন ঙাক্তগী মীফম ফমদুনা নুপী খুনাইগী মরীদা পাঙথোকখ্রে। কোল্ড ব্রার মতুংগী পনবা য়াবদি ইং ১৯৮৫, ১৯৯৫, ১৯৮০ গী মীফমশিংনি। ইং ১৯৭৬ তগী ১৯৮৫ ফাউবা পাঙথোকখিবা *নুপীশিংগী ওইবা য়ুনাইটেদ নেসন্সকী মীরোল* হায়বা থিম অদুনা ঙসিগী ওইরক্লিবা নুপী ঈহৌগী মমিনি হায়রিবনি। অদুবু ইণ্ডিয়াগী লুচিংবনি হায়বশিংনা *মালেমগী নুপীশিংগী নুমিৎ* কী থৌরমদা

ৱারেপ কয়া লৌদুনা লাউথোকখ্রে। পার্লিয়ামেন্ট হাউস অনীমক্তা নুপীগী হকপু পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংমক্তা চপ মান্নবা ফংহনগনি অমসুং ষ্টেট লেজিসলেচর অমদি পার্লিয়ামেন্টদা সিট কনগনি হায়না রুলিং অমসুং ওপোজিসন পূন্না দেষ্ক ফাউবা থীনমিন্নখ্রে।

ইণ্ডিয়ানা লিংখৎলম্বা *নেসনেল কম্মিসন ফোর ৱিমন* না পোলিটিক্সকী মফম কন্নবা রিকম্মেন্দ তৌখ্রে। অদুবু কদায় ? নুপীগী নীংতম ঈহৌ য়াওরুবগা হল্লকপা লম্বী লম্ফাংদা, অমম্বা লম্বীদা নুপীশিংনা চংপা ঙমদ্রি। রাম বাজ্যগী, গীতা, বেদান্তগী লমদমনি হায়রিবা ইণ্ডিয়াগী ইমুংশিংদা অমদি লম্ফাং-তুহাংদা লায়রবী, তবক-তরক চংচবী ইণ্ডিয়াগী নুপীশিংগী মোংফম লীশাঙশীংনা ওইরক্লি। চীনগী থবক ওইনা লৈবা, অঙৌবা চেবাঙদদা ইরগা খুং য়াউদরসি ইণ্ডিযা লৈঙাক্কী হৌনবী ওইরি। নুপী প্রাইম মিনিষ্টর পোকখ্রবা ইণ্ডিয়াগী লৈঙাক্তা নুপীশিংগী ওইবা তুংকোইগদবা পোলিটিকেল ৱিল লৈবা লুচিংবা অশেঙবা লৈত্রি। নুপীশিংগী মফমদা লৈবাক খুনাইগী ওইবা মফম পীবগা লোয়ননা পুন্সি মচিং ফংহনবা ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লা অমসুং বেদান্তগী খুনাইনি হায়জরিবশিং অসিনা ঙসি ফাউবা পীবা ঙম্মদ্রিবসি মালেমগী নুপী খনাইদা পোংলুম অমা থোনাংলিবনি।

অদুবু ইণ্ডিয়াগী ফীবাম্নুংদা লৈখ্রবসু অমদি, মপানগী কলচরেল ইন্সপিরিয়েল্লিজমগী হকনবা শাফুনা বন্না য়ৈদুনসু মণিপুর খুনাইদদি অতৈ ইণ্ডিয়াগী ময়োল্লমগা খমথেংনা তাখোন্নবা। চমোৎনরবা ইণ্ডিয়াগী পোলিটিকেল সিষ্টেমগী শহুম্না খম থেংনা ওন্ন-তৈনবা ঙমখেং পীদুনসু মশাগী নেসন ষ্টেট অমা ওইনা কৌবকখিবগী লেম্ফু লৈজবনা লমদমসিগী খুনাইগী অণুপ্পা পাঙ্গলনা অতৈ মৌনবা ঈচেলশিংবু ঙাকথোকপা ঙমজরি, মশাগী মশক অশেংবা মাঙদনা কনবা ঙমজরি। খুনাইগী ওইবা ঙাকপি শেনবীবা অমসুং নুপীগী পুন্সি মহীং ফংহনবগী য়ুমফমদি খুনাই অসিনা য়েলহৌঙৈদগী হৈনা থোনগত্তুনা লাকখিবনি। অদুবু মপাল্লমদগী শীংচিল্লকপা নুংশিংনা মরম ওইদুনা ঙসিগী পুৱারীগী তোবৈ অসিদা নুপীগী মরীদা অকবা ৱাফম খরা লৈববসু, মসিদগী হেন্না লূম্না লৌদুনা লমদমসিগী চনুরাশিংনা লৈবাক্কী প্রোব্লেমশিংদা হকথেংননা মায়োক্নরিবা অসিনি। মায়কৈ অসোমদা ঐখোয়গী চনুরাশিংনা কখোকপগা লোয়ননা চঙশিল্লকখিবা ঈহৌ অসি কনানবু শীঙথাদবা ঙমগদগে !

লোইলম লৈবাক অমগুম্না লমদমসিদা থমলিবা অমুবা আইনশিং অমসুং ষ্টেট লৈঙাক্না খুৎ থিংজিনবা ঙমদ্রবা দ্রাকোনিয়ান লোশিং অসি পায়রগা ইণ্ডিয়াগী সিফাইশিংনা কা হেনবা লীচং চথরক্লিবা থৌওং অসিনা লৈবাক অসিগী মীয়ামবু য়েক্নহনবগী ৱাখল পোকহল্লরি। মসিদা নত্তনা চীং অমসুং তমগী চনুবা কয়া সিফাইশিংনা ইজ্জৎ মাঙহনবীখ্রে। মপুরোইবা অমসুং মচাশিংগী মমাঙমক্তদা লান্মীশিংনা গেং রেপ চথখ্রে। গুলাপকুম্না নৌজরিবা কয়াবু শারাক তন্বীখ্রে, মপুন্সি পীখম্নহনখ্রে। মসিদা নত্তনা, য়েলহৌঙৈদগী খুনা দা লৈতানা হিংমিন্নরিবা ফুরুপশিংগী মরক্তা উংখৎহন্দুনা ফুরুপ মশেল নাকপাক নাকপাক তানা চিংখায়নবগী লৈঙাক পথাপ চথরিবা, অমসুং লৈবাক্কী শক্তমদা মুক্নহল্লিবা ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কী অসিগুম্বা থৌওংশিং অসিগী মতুংইন্না ওইরক্লিবা ফীভমশিংদা মণিপুরগী নুপী খুনাইনা চাওনা থৌদাং লৌরক্লি। চীংলৈবাক অসিগী পুৱারী ঈচেলদা চনুরাশিংনা লৈবাক্কী লুরবা তানফম খুদিংদা অপাননা য়াউশিন্দুনা লৈবাক্কী লূম্নবা থৌদাং কোকথোংনদুনা

লাকখিবগুম্না ঙসি ঙসিসু সিফাইশিংগী মীওৎ মীনৈদগী মচা মশুশিংবু ঙাক-শেন্নবা হোৎনবদা ময়ুমদা নুংঙাইনা পোত্থাবগী মহুত্তা খুত্তা মৈরা পায়দুনা অহিং মিংশেল খাঙদুনা লমজাও সড়ক্তা নিতিগী য়ারেক্লিবনি।

অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈবু মায়োক্লবদা চাউনা থৌদাং লৌরিবা অমসুং মীওইবগী হক কন্নবগী থবক্তা মাঙজিল থংনা মণিপুর মীয়াম্না লেপ্লিবা মায়কৈদা থৌনা ফনা লেপ্লিবা লমদমসিগী চনুরাশিংনি হায়বদা লাল্লরোই। ঙসি মখোয়না মায়োক্লবা ঙমলিবা থৌনাফবগী থবক অসি য়েলহৌঙে পুব্বারীগী অঙনবা শরুক্তগী হৌনা য়েংখৎলগা মখোয়গী খোঙচৎ মায় পাক্লিব্রা হায়বদু লেপ্পসু ঙমলি। ইং ১৯০৪, ১৯৩৯ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল ওইবা পুব্বারীগী মায়ওন চুমদুনা মশানা মশাগী লৈঙাকচনবগী হক লৈজে হায়দুনা নুপীশিংনা হৌখিবা ঈহৌনা মীয়াম্বু মীৎ মায় শিংহনখিবা অমদি অপূনবগী শক্তিনা মায় পাকই হায়বসি উংখিবা থৌদোকশিং অদু মুন্না য়েংলুরগা ঙসিগী মখাতানা পুথরিবা চনুরা ঈহৌগী লীক্লম অসি মায়পাক্লি, অমসুং মসিনা মালেমগী নুপী ঈহৌগী শরুক অমা ওইনা নুপী মশানা মশাবু মশক খঙজদুনা লৈবাক্কী ওইবা ব্বারেপ লৌবা ঙমজরক্তুনা লেপখৎপা মতম ওইরক্লে হায়না লৌবা য়াই।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অমদা, লমদমসিগী নুপীমচা অমনা ইং ২০০১ দা অসাম রাইফলসনা মীচম প্রজাশিং হাৎখিবা মালোম মীহাৎকী তমথীরবা থৌদোক্তুংদগী হৌনা ঙসি ফাওবা চরা হেল্লক্লিবা অসিনা অনৌবা ব্বাহং কয়া খুনাইসিদা হংলি, লৈঙাকপশিংদা হংলি। মীওইবগী হিংমিন্নবগী নিয়মশিং অমদি লৈঙাক পথাপশিং চৎনহনবা ঙমদ্রবদা মীওইবগী তুংলমচৎ করি ওইগনি? ঙসি অব্বা চৈথেং খাঙলিবা মীয়ামগীদমক্তা করিসু খোঙফম হন্দোকপা তৌদনা পুন্সি পোম্থা পীবা ঙম্লবদা লৈবাক মীয়ামগী ফিরেপতা মতেং ওইবরা ? ডেমোক্রেসিগী লৈবাকনি হায়না চাউথোকচরিবা ইণ্ডিয়া মশামক্কী মীয়ামদা অমুবা লো চৎনহন্দুনা মীয়ামদা মীওৎ মীনৈ চত্থরিবা শক্লোন অসিবু এমনেষ্টি ইন্টর্নেসনেলগুম্বা মালেমগী লুপ কয়ানা ইণ্ডিয়াবু ষ্টেট টেবোরিজম চত্থবা লৈবাকনি হায়রক্লোইদবা ? অসুম্না লৈবাক্কীদমক কখোক্লবা পুন্সি অমগী চেনা থুপচিনখ্রবসু খুনাইগী অতাঙবী তম্ফামণি ওইরিবী মহাক্কুন্বী কয়া কয়া নাপীনা ময়োল চোংবগুম হন্না হন্না পোকলক্তুনা হন্না হন্না শিবা ঙম্নবগী খুনাইসিবু লৈহাউ চেলহনগদ্রা? জাতি অমনা মীগী মীখা পোন্দুনা হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদনা লৈখ্রবদা মদুনা অমুক হিংনিংলক্তুনা য়াকায়রকপদা মনীংতম্না হিংনিংবগী অপাম্বা ব্বাখলগা লোয়ননা হৌরক্লিবা ঈহৌ অদুনা জাতিগী নুপীশিং অদুদা শাদোঙ ওইনা কায়দোংঙি হায়বদু ঙসিদি চুম্লবরা ?

পুম্নমক অসি মীওৎ মীনৈনা থল্লবা নমফু লৈঙাক্কী মতম লোইখিনবা শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেল্লিবী ঐখোয়গী ইরোম চনু শার্মিলাগী খোঙচৎকা মরী লৈননা হংলিবা ব্বাহংশিংনি। মসিগী পাউখুমদি, অরানবা লৈঙাক্লা নমথবিরবা ইরৈবাক অসিনা খাঙবা তারিবা মীখা পোনবগী অমসুং মীওৎ মীনৈগী চৈথেং অসিনা মপুঙ ফারক্তুনা মপান শাৎলগা মমুন ফানা মহয় য়ান্নবা নীল্লিবা লৈঙাকলোন অসিবু মায়োক য়ারিবা নুপী ঈহৌনা পীফম থোক্লবসু, লানফমসিদা নুপীশিংনা মখুৎ কয়ামুক লোঙথোক্তুনা পায়রগদবা খুৎলায়শিং অদুদি অপূনবা খুনাই অসিনা ফংহনবা তারি। ❑

# মমালোনদা মহৈ তম্বা

ইণ্ডিয়াদা সেদ্যুল লোন ২২ লৈরে (কোন্না মরি লাকখিবনি)। ইং ১৯৯২গী ৭১ শুবা এমেন্দমেন্টনা মণিপুরী, কোনকানি অমসুং নেপালি লোনবু ৮ শুবা সেদ্যুলদা চলহনখি। মদুগী মমাঙদা লৈরম্বা লোন ১৫ গী চাওখৎপগী থাক ফম্না নীংথিনা ৱাংনখ্রে। মমালোনদা অৱাংবা থাক ফাওবদা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংনখিবনা অয়াম্বা ওইরে। নোংমতদা মণিপুরিগা চৎমিন্নখিবা কোনকানি অমসুং নেপালিনা লেপ্পা লৈতনা চৎখৎনখ্রে। অদুবু চয়েৎ-চনৈনবা অমদি ঐখোয়গী লুচিংবনি হায়বা লৈঙাকপশিংনা য়েংশিনবিবা ৱাৎপদগী মখোয়না নুংশিজে হায়রিবা মমালোন অসি মাঙদা চৎখৎহন্দ্রি। লমজেল য়াওবদি লায়রি। অৱাৎপদি লৈতনা ঐখোয়গী কোক্তা অৱাৎপা লায়রবগী লাইথেংনা নাহল্লি। মসিদগী চৎখৎপা য়াদবনি হায়বা ঐখোয়গী লুচিংবা শাবা লৈঙাকপশিংনা তৌবা খুদিংমক চুমহন্দুনা লোয়ীন-খময়িন ৱাত্তবা মখে দার্টি পোলিটিক্সকী হারকুলেস ওইরি। অদুবু অতৈ সেদ্যুল লোনশিংনা হৌখিবা চহী কয়ামুক্তগী হৌনা ঙসি ফাওবদা মোংহাদনা চৎখৎপ্রিবা অমদি মমালোন্না থাক খুদিংমক্কী মহৈ তম্বীবা হৌখিবা অসি উরুরগা লাক্লিবা মীরোল কয়াদা ইমালোন মণিপুরিনা ফুগৎপা ঙল্লরোইদবা শোত্থবা খিবিক্লা খুল্লৌ-পল্লৌরগদবা ফিভম অসিদা ইমালোন তশেংনা নুংশিজবা ঈরৈচাশিংদি খাঙঙমদবা ফাওনরক্লে।

লোন খরনা চাওখৎ-খোঙথাং থাংলিবশিংগী মনুঙদা খুদম ওইনা পল্লবদা, ইং ১৯৬৭ এপ্রিল ১০ দা সেদ্যুল লোন ওইহনখ্রবা সিন্ধি লোন চাউখৎনবা হোৎনবদা হ্যুমেন রিসোর্চ ডিবলপমেন্ট মিনিষ্ট্রিনা ন্যু দিল্লিগী *'কম্মিসন ফোর সাইন্টিফিক এন্দ টেক্নিকেল টার্মিনোলোজী'* গী লোয়শঙগী মখাদা ইং ১৯৭৬ দা সিন্ধি য়ুনিট অমা হাংহনখিবা; মখা তারকপদা *'সেন্ট্রেল হিন্দি ডাইরেক্টোরেট'* কী মখাদা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌরক্তুনা সোসাইটি রেজিষ্ট্রেসন এক্ট ১৮৬০ গী মখাদা ওটোনোমস বোডি ওইনা *"নেসনেল কাউন্সিল ফোর প্রোমোসন ওফ সিন্ধি লেঙ্গুয়েজ (১৯৯৪)"* লিংখৎখিবা; কাউন্সিল অসিনা অতৈ সিন্ধি মহৈকোলশিং অমদি তাইবঙ মহৈকোল (য়ুনিভর্সিটি) শিং, ষ্টেট গবর্ণমেন্ট অমদি ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টকী ডিপার্টমেন্ট ওফ এডুকেসন, হ্যুমেন রিছোর্স ডিবলপমেন্ট মিনিষ্ট্রিনচিংবগী মরক্তা লাকয়েল তাইশিন্দুনা সিন্ধি লোনবু চাওখৎনবা, থাক ৱাংখৎনবা অমদি পাক চাউনা শীজিন্ননবা হোৎনরিবা থৌওংশিং অসি থোইদোক্না শীঙথাবা য়াই। হায়রিবা কাউন্সিল অসিনা সিন্ধি অইবশিংদা মনা-মথুম পীরিবা, মিংথোল কয়া পীরিবা, মহৈ তম্ফমশিং অমদি পব্লিক লাইব্রেরিশিংদা লাইরিক কয়া, ভিদিও কেসেট, সিডি কয়া, রিফরেন্স বুক কয়া লেম্না পীননবা লৈশিল্লিবা অসিদা নত্তনা ভলুন্টরি ওর্গেনাইজেসন কয়াদা অমদি সিন্দি লোনগী লাইরিক ফোঙবা থৌদোকশিংদা চাউনা শেন থাদরিবা অসি তমজনিংঙাইনি।

ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা চেয়রমেন অমসুং ভাইস চেয়রমেন হাপ্পা মেম্বর ১৩ লৈবা কাউন্সিল অসিনা ইং ১৯৯৭ দগী ইং ২০০১ ফাওবদা কাইখিবা শেনফম লাখ ৭৬.৫; ইং ২০০২ দগী ইং ২০০৬ ফাওবদা লাখ ১৭৬.২৫ বজেট ওইনা কাইথোক্তুনা থমলি। মতৌ

অসুম্না উর্দু লোন চাওখৎনবগী মরীদা উর্দু প্রেস প্রোমোসন, আরবিক পার্সিয়ান লেঙ্গুয়েজ প্রোমোসন অমসুং উর্দু চাওখৎনবা হোৎনরিবা ভলুন্টরি ওর্গেনাইজেসনশিংগীদমক ৯ শুবা প্লান হায়বদি ইং ১৯৯৭ দগী ইং ২০০১ ফাওবদা লুপা ক্রোর ৩.৯৯ অমসুং ১০ শুবা প্লান হায়বদি ইং ২০০২ দগী ইং ২০০৬ ফাওবদা লুপা ক্রোর ১৫.৬০ কাইথোক্লুনা থমলি। শেনগী ৰাফম ঙাক্তা নত্তনা, *'নেসনেল কাউন্সিল ফোর প্রোমোসন ওফ উর্দু লেঙ্গুয়েজ'* কৌবা নোৎেল এজেন্সি অমা ইং ১৯৯৬ এপ্রিল ১ দা লিংখৎতুনা উর্দু লোনগী থাক ৰাংখৎনবা হোৎনবদা অমসুং উর্দু এডুকেসনগী অচুম্বা মায়ওল পীনবা হোৎনবদা লৌরিবা থৌদাং অসি থোইদোক্না তমর্জনিংঙাই ওইরি। আসিগুম্বা মখলগী কাউন্সিল অসিনা কম্প্যুটর এপ্লিকেসন্সনচিংবা মতমসিগী মহৈ তম্বীবগী মওংদা খুদোংচাবা পীরিবা ডিষ্টেন্স এডুকেসনগী ডিপ্লোমা কোর্সনচিংবা কয়া হাংদোক্লিবা অসি উর্দু লোনখক্তা নত্তে; অতৈ লোন সিন্ধি, বেঙ্গলি, হিন্দি, অসামিজ নচিংবা লোন ১৫ অসিনি।

শ্রাৱন থা (সেপ্টেম্বর) গী থানিল নুমিত্তা মপোক নুমিৎ পাঙথোক্লিবা সংস্কৃত লোনগী চাওখৎপগী থাক, মহাক্কী নাউশুম হাইরিবা খুৎশিংগী মতীক-মগুণ অমদি ঙসিমক চত্থরিবা নিয়ম চুম্বা থৌওং আসিনা তুংলমচৎকী আসা তৌবা য়াবা খিবিক অসি উরুরগদি অঙকপগী চাওখৎ খোঙচৎ ওইরি। ইং ১৯৬২ ওক্টোবরদা প্রাইম মিনিষ্টর লাল বহাদুর শাস্ত্রিনা ফাউন্দর প্রসিডেন্ট ওইদুনা লিংখৎখিবা *'অখিল ভারত্তিয় সংস্কৃত বিদ্যাপিঠ'* অসিগী তুংলমচত্তসু ইন্দিরা গান্ধি অমসুং নরসিংহ রাওনচিংবা প্রাইম মিনিষ্টরশিংনা তাঙবল লৈতেংদুনা লাকখিবনি। চঙখোল্লবা পান্দম কয়া চঙশিল্লিবা বিদ্যাপিঠ অসি ইং ১৯৯১ নবেম্বর ১ দা 'ডিম য়ুনিভর্সিটি' গী থাক্তা লাকখিবনি। হৌজিক মসিনা পায়খৎলিবা থৌওংশিং (প্রোগ্রাম এন্দ এক্টিবিটিজ) গী মনুংদা মহৈ মশীল তম্বীবদা নত্তনা সেমিনার, লেকচর সেরিজ, কনফরেন্স, রিফ্রেসর কোর্স, কম্প্যুটর এপ্লিকেসননচিংবা ভোকেসনেল কোর্স, এনসিসি, স্পোর্টসনচিংবা এক্সট্রা- করিকুলর থৌওংশিং অসিদা শেন তপতানা থাদদুনা চঙশিল্লিবা কয়া অসি উরুরগা মণিপুরি লোন্না নীংবা কায়না লৈবগী শক্লোন পুরি। অদুবু অৱাৎপা লৈতনা লায়রবগী শক্লোন পুরিবী মণিপুরী লোন্না কপতুনা লৈবগী মহুত্তা চাউখৎ-খোঙথাং থাংনবগী লিংজেল পুথোকপা মতম ওইরে অমদি পান্দম অসিগীদমক্তা মণিপুরী ঙাঙবা ময়োল লমদম অসিদা নত্তনা চোইনা-চোইনা তাপ্রবা লমদমশিংদগী হৌনা চাউখৎ-খোঙথাংগী য়াকায়রোল শকমিন্নবা মতম ওইরে হায়বসি মমা লৈবাক নুংশিজবশিংগী খোঞ্জেলনি। হৌনৈদো হায়না চুমনা লাওবা খোঞ্জেলনদি কৈদৌররোই; মসিগীদি তাম্থা-মেম্থা নাইনা নিয়ম পানশিন্দুনা পোলিটিকেল ওইবা দাবীগা লোয়ননা খোঙথাং লূমনা খোঙকাপ লৌগদবনি অমসুং সেদ্যুল লোন অমগী ফংফম থোকপা হকশিং অসি শোয়দনা লৌগদবনি হায়বসি অখণ্ড-অহৈশিংগী মোতনি।

মসিদা শীঙথাফম থোকপা অমদি, মণিপুর লোনগী খোঙথাং কয়াদা চেন্নদুনা লাক্লবা প্রোফেসার এমএস নিংঙোম্বগী লোনগী মরীদা লেপ্তুনা পাঙথোক্লিবা থৌওং খরা অসিনি। হৌখিবা ফেব্রুৱারি ২৬ দা প্রাইম মিনিষ্টরগী শঙ্গায়দা ইণ্ডিয়ান লেঙ্গুয়েজেজ

ডিবলপমেন্ট কাউন্সিলগী মিটিং পাঙথোক্লবা মতুংদা ডাক্টর নিংঙোম্বনা অসামগী তোঙান তোঙানবা মফম তরেৎমুক্তা চৎতুনা মফমশিং অদুগী অখণ্ড-অহৈশিং অমসুং মীয়ামগা উন্নদুনা ইমালোন চাওখৎনবগী মরীদা তান্ন-তীক্লরকপা অমদি মিটিং কয়ামুক তৌরকপগী ব্রাফম অইবদা পাউদম্বীরকখি। *লক্ষিমপুরগী খোরিরোল, অসামগী মালাদেস, শিলচরগী খেলমাদা লৈবা মণিপুরি লিটরেরী সোসাইটি, অসামগী মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, কাছাড়গী সিঙ্গরবনদা লৈবা সিঙ্গরবন হায় স্কুল, হৈলাকান্দি ডিষ্ট্রিককী লাইরিক হৈবশিংনা শীল্লাঙদুনা জাবীরবনগী লাইশ্রম খুলদা লৈবা সনারৈ মণিপুরি হায় স্কুল* অমসুং *সিলচরগী মণিপুরি বোয়জ হোষ্টেলদা মিটিংশিং অসি পাঙথোক্লুনা ইমা লোন মণিপুরিগী চাওখৎনবা, থাক ব্রাংখৎনবা অমদি পাক- শন্না চৎনহন্নবা, হোৎনরমখি হায়বসিনি।* মফমশিং অসিদা থা অমা চুপ্পা (মার্চ ১১-এপ্রিল ১১) লৈদুনা নোংমগী মনুংদা অয়ুক অমসুং নুংথিলগী সেসন অনী খায়দুনা ; অহানবা সেসনদাঃ *মণিপুরী খুনাইদা নুপীগী থৌদাং;* অনীশুবা সেসনদা ঃ *মমালোনদা মহৈ তম্বা* হায়না থা অমা চুপ্পা পাঙথোকখিবা মফম খুদিংমক্তা অখণ্ড-অহৈ য়াউনা মীওই ৫০/৬০ গী চাংদা শরুক য়াখি হায়রি।

নিংঙোম্বনা অসামগী মণিপুরিশিংদা কন্না আপিল তৌরম্বদি অতৈ সেদ্যুল লোনশিংনা প্রাইমারি থাক্তগী য়ুনিভর্সিটি থাক ফাওবা মমালোন্দা মহৈ তম্বা ফংবগুম ঐখোয় মণিপুরিগীসু এলবেন-টুয়েল্ব থাক্তা হান্না অপগ্রেড তৌরসি, কোন্না মথং-মথং পোষ্ট গ্রেডুয়েট ফাওবা পায়খৎসি হায়বা অসিনি। ক্লাস টেন ফাওবদি ইমালোন্দা তম্বা ফংলে। অদুবু মথংগী ক্লাসশিংদদি মীগী লোনদা তম্বা অসিনা অচৌবা সরক শিবা অমা থোকহল্লে।

মহৈ তম্বসি লৌশিং তানবনি। এলবেন-টুয়েল্বদসু আর্টস অমসুং সাইন্সকী লৌশিং মহৈরোয়শিংদা তম্বীবনি। হৌজিক ইংলিসতা তম্বীরিবা অসি মপুং ফানা লৌশিং পীবা ঙমদ্রি। লোন অসি নীংথিনা হৈহৌদবনিনা লৌশিং মমুৎ তানা ফংবা ঙমহৌদে। প্রোব্লেম হায়ববু মসিনি। ডাক্টর মুর্লি মনোহর জোসিনা হায়খিবগুম্না ***ইণ্ডিয়ানা হৌজিক ফাওবা শোথরিবসি এডুকেসন সিষ্টেম লানবননি। অরানবা অসি চুমথোক্লুনা অনেম্বদগী অব্রাংবা ফাওবা মমালোনদা মহৈ তম্বীদুনা লৌশিং লৈবা মীরোল শেমগৎকদবনি*** হায়বসিনি। ইংলিস লোনদা মহৈ তম্বীবসি পাক-চাউনা চত্থরবসু খরা অমদি শিখ্রবনি। হৌজিকসু শিবা ঙাইনা কয়া অমা লৈরি। মতৌ অসুম্না ইণ্ডিয়াদা চাদা ৫/৬ খক্লা ইংলিস হৈবা হায়বদু ওইরি। মীতৈ খুনাইদসু চাদা চামা ইংলিস তম্বীরি। অদুবু চহী ১০ দা আইএএস ওফিসার থোরকপা তাদ্রি। মসিগী মরমদি ইংলিস অসি অরুবা লোন্নি। অদুবু চহী ৩০ গী মনুংদা তাঙনা অমা/অনীগকা থোরকপদি য়াই। হায়বদি খুনাইগী শিবা নৎত্রগা চঙবা লাইবক য়েংদুনা ঐখোয়গী মহৈরোয়শিংবু মনতিক্লহনবা অসি চুমদে হায়বসিনি। ঐখোয়গী পুন্সি মহিংগী থাক অসিদা মহৈ মতম্বী অসিনা অপান্ননা শাফু পীরি। মায় পাক্লবা মহৈ মতম্বী অসিনা ঐখোয় শেন পুখরবা মীরোল ওইরি। ঐখোয় লাইরিক হৈবশিংগী কোক্তা হস্থে, লায়রৈ হায়না খলহন্দুনা মতম চুপ্পদা হম্বুবগী লায়চুহল্লে হায়বসিনি।

তশেংনমক, এডুকেসন হায়বসি খুনাইগী চাওখৎ-খোঙথাংগীনি, মীওই খরখক্কী নত্তে। লৌশিং (নোলেজ) য়াওদনা খুনাইনা চাওখৎপা য়াদে। হৌজিক্কী মতমগী পান্দমদি নোলেজ সোসাইটি ওইহনবা অসিনি। নোলেজ মরাঙ কায়দ্রবা খুনাই অদু চাওখৎতবা তাই, শেন পুখবা তাই। খুনাইবু অনম অহা চুহন্দুনা মনীং হলহনসি হায়রবদি লৌশিং পীদবা তাই, মেডিয়ম অদু মমালোন ওইহন্দবা তাই। এডুকেসন্না লৌশিং পীহনসি হায়রবদি মমালোনদা মেডিয়ম ওইহনবা তাই। মসিমক মালেমগী এডুকেসনিষ্টশিংনা য়ানরবা ৱাফমনি। অমেরিকাগী মহৈরোয়শিংদা পীরিবা লৌশিংগী থাক অদু ঐখোয়গী মহৈরোয়শিংদা পীগদবনি। মসিগী ওইথোকপদি মমালোনদা তশ্বীবা অসিনি। ইংলেন্দ, অমেরিকাগী অঙাঙশিংগা ঐখোয়গী অঙাঙশিংগা চপ মান্ননা মহৈগী মচাক (ইন্টিলেকচুয়েল্লি ইক্কিপ) হানবিগদবনি, মতমদুদা ঐখোয়গী খুনাইনা চাওখৎ-লমজেলদা থোং মান্ননা শরুক য়াবা ঙমগদৌরিবনি। ❑

# মণিপুরগী ক্লবশিং

চহী হৌবগী খোয়রাঙবা মরক্তা মীয়ামগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদবা ইথিল অমগা লোয়ননা অনৌবা আশা পীবা থৌরম অমা হায়বা তারবদি *অমুকো* না শীন্দুনা জানুৱারি ৪ দা হোটেল এক্সিলেন্সিদা মণিপুবগী ক্লবশিংগা মরী লৈননা পাঙথোকখিবা থৌরম অদুনা ওইরগনি। মণিপুরগী ক্লবশিংগী হৌরকফম (জেনেসিস), হৌজিক ওইরিবা থাক অমসুং তুংলমচৎকী মরীদা খন্ন-নৈনখিবা থৌরমনি। প্রোফেসার এন জয়কুমারনা *'য়েলহৌঙেগী মণিপুরি খুনাইদা লৈরম্বা ক্লবকী ৱাখল্লোন'* হায়বসিদা অমসুং প্রোফেসার কে ইবোনা *'হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরি খুনাইগী অমদি লৈঙাক্কী ওইবা চাওখৎ-খোঙথাঙদা ক্লবকী মরুওইবা'* অমসুং প্রোফেসার এন লোকেন্দ্রোনা *'ক্লবকী থবক থৌওংশিং অসি মীয়ামগী পুক্লিং ৱাখলদা অমদি থবক্তা হেন্না শাফু লৈনা চৃশীন্নহন্নবগী অনৌবা খোঙথাঙশিং'* হায়বসিদা মরীক চৃম্না নৈনরদুনা অতৈ অখঙ অহৈশিং অমদি ক্লবশিংগী থৌপুবশিং, মেডিয়া অমসুং সোসিয়েল ৱার্কর থারগা পূন্না মীওই ১০০ হেনবনা শরুক য়াখিবা থৌরম অদু থোইদোক্লা শীঙথাবা য়াই। অয়ুক্তগী হৌনা নুমিদাংৱাইরম ফাওবদা তিল্লিবা মীয়াম্না কায়নদবমখৈ রিয়েক্ট তৌনরদুনা অমদি লৌথুপ লৌকোয় য়াওনদনা হংনখিবা খুম্নখিবা অদুনা থৌরমগী থোইদোক হেন্দোকপা মহাও ওইখি। ঙসি ঐখোয়গী খুনাই অসিগী ফীভম অসুক্কী মতীক শোকচিল্লক্লবা মতমসিদা ক্লবশিংনা ঙসি তৌফম থোকপশিংগী মনুংদা চীং অমসুং তমগী মরক্তা ভাব তানদবগী পুঙখোল অমা

থোরকপগুমনা তৌরিবা, তুংদা ওইরকপা য়াবা অমম্বা শক্তম অদুনা ঐখোয়বু কুপশিল্লক্তনবা তৌহৌবা য়াবা অমদি য়েৎননীংঙাই ওইদনা পূনশিন্ননবা ৱাফমশিং অদু ক্লবশিংগী মাঙদা ঙসি তাদুনা লৈরে হায়না থৌনাওজম ইবোয়াইমনা তরামনা ওকপগী ৱারোল পীবদা আপীল তৌখিবদুনা থৌরম অসিগী মহাউ হেলহনখি।

ক্লবকী ৱাখল্লোন অসি য়েলহৌঙৈগী মণিপুরগী খুনাইদা লৈরম্বরা হায়বসি খঙদোকপগী মরুওইবা অমসুং মদুনা ঙসি ফাওবা করমনা চথরক্লি অমদি তুংদা করমনা চথখিগদগে হায়বসিমক ঐখোয়গী য়াম্না মরুওইবা ৱাফম ওইরি। এন জয়কুমাবগী মোত্তা ক্লবকী ৱাখল্লোন অসি ঐখোয়গী য়েলহৌঙৈগী খুনাইদা পাক চাউনা লৈরম্মী হ.য়বসিনি। ঐখোয়গী খুনাই অসি অহিং অমদা শেমখিবা নৎখিদে। খুদোংথীবা অৱা অনা ব যা মায়োক্ল দুনা খুনাই অসি ওইরকখিবনি। মরৈবাক মজাতি (মণিপুরি) শেম্নবা হোৎনবদা মতম মতমদুগী মীয়াম্না কমদৌনা শরুক য়াখিবা অমসুং ঈহৌ হৌরকখিবা অদুদগী হৌরগা মীওই কাঙলুপ কয়ানা পূনশীন্নবগী থবক তৌরকখিবনি। লৈকায়-খুলশিংদা অমদি লৈবাক্কী ওইনা লুপ অমসুং শীঙলুপ শেম্না হৌরকখি। পানা-পানাগী থাক্তা শান্ন-খোৎনবগী অমদি হুইয়েন লানগী ওইবা লাল্লুপশিং লৈরকখি। নিংথৌ পাল্লিডঁে মতমদা পাখঙফান-লৈশাফান লৈরমদুনা ইমুং মনুং অমদি লৈঙাক-খুনাইগী হীরমশিংদা লমজিং লমতাক পীরমই। ইং ১৮৯১ দা লাল্লুপ অসি মুথৎনবা হোৎনবদা য়েৎনবা খরা লৈখি। লময়ানবা ইরাবোতনা মতমদুগী লোইলম লৈঙাক্কী মায়োক্তা ঈহৌ চথবদগী থোরকখিবা *'লৈপূং ফম্বা'* অসিনা ইমুং মনুং অমসুং লৈঙাক খুনাইগী ওইবা পাউতাক পীদুনা ক্লবকী চপ চাবা থবক তৌরম্মী হায়না প্রোফেসার জয়কুমারনা ফোঙদোকই।

ডাক্টর সদানন্দগী মোত্তা ক্লবকী ৱাহন্থোক অসি ডিক্সনারি খক য়েংবনা খঙবা লোইরোই হায়বসিনি। ক্লবগী খোঙথাঙনা ঙসি চঙশিল্লিবা মফম অসি চাউই। মতম অমদা ক্লব হায়বা ৱাহৈ অসি থোরক্ত্রিঙৈদা চহী ২০০০ গী মমাঙদগী হৌনা লমদমসিদা ক্লবকী থবক তৌবা লুপ, শীঙলুপশিং লৈবা হৌরকই হায়বসিনি। প্রোফেসার রোজ মাংশিনসু চীংগী লমদা মরুওইনা কুকিশিংনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ক্লবকা চপ মান্ননা থবক তৌবা লুপ লৈরম্মী হায়না মোত পী। পামলৌ উরগা হিংবা পুন্সিরোল ওইরবসু পামলৌ উবা ইমুং অদুখক্লা মদু হোৎনবা লৌউবা, লৌ লোকপা ঙমদে। মসিদগী *'লোম'* হায়বা লুপ অসিনা লৌউবদগী লোকপা ফাওবা ইমুংদুগীদমক্তা হোৎনবী। মতৌ অসুমনা *'লোমপী'* অমসুং *'লোমচা'* হায়না লূপ অনীথোক্লা লৈরক্কুনা ক্লবকী থবক তৌরকই। হৌজিক্তি য়ুঠ ক্লবশিং লৈরে, শান্ন-খোৎনবগী লমদা মসিনা চপ চানা থবক তৌরে। কাঙলুপ মশেল হাৎনরুব্বদগী চীংগী লমদা য়ুঠ ক্লব অসি শিখ্রবসু তম্পাক্তা লৈবা কুকিশিংনা য়ুঠ ক্লব অসি অদুম্মক চথরি হায়রি।

টিএস গাংটেগী মোত্তসু চীংমীশিংগী শেনমিৎলোন্দা পামলৌনা মরুওইবা ঙাক্লৌ ওইবা মরমনা *'লোম-শোম'* হায়বা পাখঙফান-লৈশাফান হায়বা ক্লবকী থৌদাং পুবা

লুপশিং অসি লৈরম্বনি হায়। অদুবু ঙসিগী মতম অসি য়াম্না হোংখ্রে, মতমগী অমোংপা নুংশিৎ শীৎচিল্লকপনা 'লোম' অমসুং 'শোম' লৈত্রে হায়না ফোংদোকলি। প্রোফেসার এন লোকেনগী ৱারোলদা লময়ানবা ইরাবোতনা ইং ১৯৩৭ দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লিংখিবা অমসুং নহারোলগী লমচৎ চুমহন্নবা *'বেয়াম এসোসিয়েসন'* লিংখিবগী ৱাফম পল্লি। ইং ১৯৫০-৬০ দা শান্ন-খোৎনবা অমসুং নাৎকী ওইবা লুপশিং হিংগৎনরকপা, ১৯৭০ মতুংদা পোলিটিক্সকী ঈহৌ লাকখিবগা লোয়নননা মৈরা পায়বী ঈহৌ লাকখিবগী অমসুং মীয়াম্বু শেলগী ঈচাউদা তাউথহন্দুনা মীয়ামগী শক্তিবু পোলিটিকেল ফোর্স ওহ্নোক্লবা হোৎনরকখিবগী তাঞ্জা অসিদা মীয়াম্বু ভাব তাহন্নবা ক্লবশিংনা হোৎনরকপগী ৱাফম পল্লি।

হৌজিক্কি মতমদা মণিপুরি খুনাইগীঅমদি লৈঙাক্কী ওইবা চাওখৎ খোঙথাঙদা ক্লবশিংগী মরুওইবা থৌদাং য়াম্না চাওই। হীরমসিদা প্রোফেসার কে. ইবোনা ফোংদোকখিবদা ইং ১৯৫০ গী অমসুং মমাঙদা লৈরম্বা লুপশিং অসি লাইনীং লাইশোনগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি হায়বসিনি। মদুগী মতুঙদগী লুপশিং অসিনা সাইন্টিফিক ওইবা অমসুং মহৈ মশিংগী ওইবা মীৎয়েংদা লাক্লখি। শান্নখোৎনবগী মীৎয়েঙ য়েংলকপসি ইং ১৯৭০ দগী ময়েক শেংলকখ্রে। অদুগা ঙসিগী মতমসিগী ওইবা খুনাইনা উৎপা পামলিবসি চাওখৎপগী অমসুং লিংজেল মান্নবগী ৱাখল্লোন অসিনি। ঙসিগী অহোঙবা লাকখিবশিংগী মনুঙদা মীয়ামনা পোলিটিকেল ওইবা মীৎয়েঙগা লোয়নননা মদুগী খোঙথাঙ থাংনরকপা, খুৎলায় পায়দুনা য়াওল ঈহৌ হৌনরকপা, শক্তি পায়নবা পার্টি পোলিটিক্স তৌনরকপা অসিনি। লাইবক থীবদি, ঐখোয়গী ঈরক্তা পোলিটিসিয়ান থিবা ইফঙ ফংদবা অসিনি। পোলিটিসিয়ান হায়বদুদি লৈবাক্কী তুংগী পোমিৎ য়াৎপা ঙম্বদুনি, নৎত্রবদি মদু পোলিটিসিয়ান নত্তে। অচুম্বদা যুম্ফম ওইবা পোলিটিক্স তৌদ্রবদি মওং মরীল নাইদবা চরাঙনবনা থল্লি। মসি ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংদা অদুম থোকই, মণিপুরদসু থোকই। ইণ্ডিয়াদা লৈরিবা হিন্দু ভেল্যুনা মসি ওইহল্লকপনি। হীন্দুবু ফত্তে হায়বা নত্তে অদুবু ফত্তবা শরুকসু য়াম্না য়াওরি।

থায়নগী হীন্দুগী কাঙলুপ নাইবগী থৌওং অসিমক খুৎনা শুবা নোম্বগা য়াম্না মরী লৈনবা চৎনবীনি। খ্বায়দগী ৱাংবা কাঙলুপনা খ্বায়দগী শুদ্রগা খ্বায়দগী নেম্বা কাঙলুপ্না খ্বায়দগী শুবা চৎনবীনি। মরম অদুনা খুনাইগী মনুঙদা অনেম অৱাঙ লৈতবগী, মীয়ামগী মরক্তা মীচঙ-মীখায় নাইদনা লৈমিন্নবগীদমক সোসিয়েল সার্বিস অসি য়াম্না মরুওই। অসিগুম্বা লাম্বা লৈতনা ফৱবা থৌওং অসিগী খুত্থাঙদা ঐখোয়গী য়ুনিটি শাগৎপা চুম্মি হায়বসি কে ইবোগী মোতনি। অদুগা, ক্লবকী থবক থৌওঙশিং অসি মীয়ামগী পুক্লিং-ৱাখলদা অমদি থবক্তা হেন্না শাফু লৈনা চুশিন্নহন্নবগী অনৌবা খোঙকাপ পীবা মথৌ তারি।

হীরমসিদা প্রোফেসার এন লোকেন্না ফোংদোকখিবদা, হিংনবগী লানফমদা কম্ম্যুনিটি লাইফ অমদি কোরপোরেট লাইফ ওইনা লাকখিবনি। কবো তম্পাক, ইম্ফাল

তম্পাক, জীরী তম্পাক্কী মফমশিং অসিদা কোর্পোরেট লাইফ লৈহন্নবা, সোসিয়ো পোলিটিকেল ওইনা কন্ট্রোল তৌনবগী মথৌ তারি হায়বসিনি। থোইদোক্না মরুওইবা মফম অমনা ক্লবশিং অসিগী মশাগী অহোংবা অওনবা মায়থোঙ লৈজরিবনি। ঙসিগী গ্লোবেলাইজেসনগী মতুং ইন্না হোংলক্লিবা ঈচেল অসিদা য়াওশীন্দুনা ফম্বা ঐখোয়শিংগী তেঙবাঙ লৌগদবনি হায়বগী অপাম্বা ফোঙদোক্লি। ডাক্টর সদানন্দনা ঙসি ঐখোয়গী ইরকুন থাজনদবগী, মুক্লবগী ফীভম অমা লৈরিবসি অৱাঙবা এদুকেসন পীদুনা কোকহন্নবা হোংনবদা ক্লবশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌগদবনি হায়বগী মোত ফোঙদোকখি। মীওইবগী চপ চাবা মমল য়াউবা পিরামিদ অমগী য়ুমফমদু পাক-চাউনা মখোঙ হৌরগা হায়র এডুকেসন্না মচীন তুমশিল্লকপা এডুকেসন সিষ্টেম অমা লৈহনবা মথৌ তাই হায়রি। থৌবালগী এস বিরহরিনা অমুকোগী বিজুয়েলাইজেসন অমসুং সেন্সিটাইজেসনগী থৌওংশিং অসিবু শীঙথারদুনা এডুকেসন পীবদা ফক্লাঙ মরিগী ৱাংমদা ঙসিগী মতমসিদা পীবা তারকপা অদুগুম্না ঙসিগী মশা নারবা, লায়েংহৌদ্রবদি শিরগদবা খুনাই অসিবু কন্নবা ক্লবশিংগী খুত্থাঙদা ইনফোর্মেল ওইনা এৱার্নেস ক্লাস চত্থবা পান্মী হায়না ফোঙদোকখি। খুনাইগী মশা-মউ অসিদা নত্তনা শেনমিৎলোনগী মশা মউ অমসুং লৈঙাক্লোনগী (পোলিটিকেল) মশা মউ অসি ক্লবশিংগী খুত্থাঙদা লায়েঙদুনা ফগৎহন্দবা য়াদবগী তঙায়ফদবদু মাঙদা তাদুনা লৈরে হায়বসিনি। প্রোফেসার লোকেন্না শেনমিৎলোনবু মোদর্নাইজ তৌগদবনি হায়। মায়কৈ খুদিং চীংনা কোয়শীল্লবা লমদম অসিদা শেনমিৎলোনবু মরু ওইহন্দুনা চত্থবনা অহানবা খোঙথাং ওইগদবনি অসিনি। চীংগী লমবু প্রাইবেটাইজেসন তৌদ্রবদি চাউখৎপা য়ারোই হায়বসি মহাক্কী চেৎনা থাজবনি। মতমসিগী অওনবগা চূননা মায়রোঙ য়ারিবা খুনাই অদু হিংলিবনি অমসুং মদু মায়রোং য়াদ্রবদা আসা লৈত্রবা শিরবা খুনাইনি হায়বসিনি।

ডাক্টর অমর য়ুম্নামনা, শেন্দোং য়াউদনা লিংলিবা সিবিল সোসাইটিগী অহুমশুবা সেক্টর ওইরিবা ক্লবনা ষ্টেটকী অমোৎপা শেংদোক্লবা হোৎনবগী মহুত্তা ষ্টেটদা তোংশিল্লগা লাকপা য়াওনরকপনা বলুন্টরিজম মাঙখিবগুমনা ক্লব হায়বসি মাঙখিবা য়াবগী চিংনবা লৈরক্লে অমসুং মসি হিংহন্দবা য়াদে হায়না অপাম্বা ফোঙদোকই। ডাক্টর কে ইবোনা ঐখোয়গী খুনাইগী পুন্সি অসি করপসনগী শরুক অমা ওইরে, কলচর ওইরে; ঐখোয় করি তৌবা তাবগে হায়না নুংঙাইতবা উৎনা হংখি। ঐখোয়না পুকচেল শেংদ্রবদা ঐখোয় হিংবগী আসা লৈতে। অওনবা অমা পুরকপদা পুকচেল শেংবা নত্তনা করি অমত্তনা য়ারোই হায়বসিনি।

তশেংনমক, ঙসিগী ক্লবশিংগী মরক্তা ক্লবকী থবক তৌদবশিং অসিনা চেন্থদুনা ক্লব পুন্নমক্কী তুংলমচৎ অমম্বনা কুপলি। মতাং অসিদা এন আর সিগী প্রসিডেন্ট এস ভুবোন্না ফোঙদোকখিবদা ঙসিগী ক্লবশিংনা হয়েংগী খুনাইগী লুপশিংগী হৌরকফম জেনেসিস ওইরক্কদৌরিবনি, মতমদুদা ঙসিগী ক্লবশিং অসি লৈরোইদৌরিবনি। ঙসিগী ক্লবশিংনা

লৌরিবা শক্লোন অসিমক লমদমসিগী য়েলহৌঙেদগী লৈজরকপা লূপ অমদি শীঙলুপশিংনা লৈঙাক খুনাইগী হীরমদা শরুক য়ারকখিবা অদুগী লীক্লমচৎ ওইবা জেনেসিসনি। পুৱারীদি খ্বায়দগী মপাঙ্গল কনবা ঈচেল অদুনি। ঙসিগী গ্রাউন্দ রিয়েলিটিগী ঈচেলগা, মীয়ামনা পামদবা লৈঙাক্লা নমদুনা থাজিল্লকপা (এনফোর্সদ) ঈচেলগা মুক্ল-মুক্লনা চেস্থমিন্নরকপদা অকনবা অদুনা পুৱারী ওইহৌবা তাবদা ঙসিগী খুনাইনা করম্বদা মিৎয়েং থমলিবগে হায়বসি ঙসি ফাওবা ৱাহঙ ওইরি। হয়েংনা হেন্না মমলি। ডাক্টর ধনবির লাইশ্রমনা হায়বগুমনা, মমাংঙৈদগী হৌনা লৈঙাক্কী মায়োক্তা চঙশিন্দুনা লাকখিবা জেনেসিস অসি মমাংঙৈদগী হৌনা খোঙচৎ কায়রক্ত্রি, ঙসিসু ঙম্ল মক কায়দ্রি। অদুবু তুংগীদি মমলি, ৱাহং ওইনা লৈরি। খুনাইগী, লৈঙাক্কী ওইবা খ্বাইদগী কনবা শক্তি ওইহনগদবা ক্লবশিংগী মরক্তা ভাব তানদ্রবদি খুনাইগী হয়েংগী অপাম্বা থুংলোই। অমুকোগী প্রসিডেন্ট জগৎ থৌদামনা হায়বগুমনা, ঐখোয়গী খুনাই অসি ঙসিদি লমফাংলবা ফিভম অমদা লৈদুনা করম্বা মায়কৈদা চৎকদগে হায়বগী পল্লেপফম খঙদনা লৈরে। খুনাই অসিগী তুংলমচৎ মমলে। ঙসিগী চিরবা তানজা অসিদা ‘খুনাইগী অহোংবা অওনবা অমা খুনাইগীদমক খুনাইনা’ ক্লবশিংগী খুথাঙদা পুরকপা মথৌ তারে।

তশেংনমক ঙসিগী ক্লবনা লৈঙাক খুনাইগী মরীদা লৈবাক্কীদমক, অপূনবা শক্তমগীদমক কখোকপগা লোয়ননা ঙসি চত্থদ্রবদা ক্লবকী মমি শামলি। মসিগী মথক্তা নিও কোলোনিয়েল লৈঙাক্লা নমদুনা থাজিল্লকপা শক্তিগা গ্রাউন্দ রিয়েলিটিগী শক্তিগা মুক্ল রিঙৈদা ক্লব মশেল মুক্লবগী শক্তমনা গ্রাউন্দ রিয়েলিটিগী শক্তিবু মৱাক চামহল্লি। মুক্লবা হায়বা অসিবু ৱাখৈবদা ঐখোয়নীদি জেনেসিস অমনি। লিজেন্দরি ওইরবসু, নোংখোঙ কোয়বা-ফাংখোঙ কোয়বা অনীগী অকনবা মুক্লবনা কংলৈ ফুরুপকী লাইৱা ওইদুনা মীরোল খুদিংমক্কী লূ-তোংগী ঈচেলদা ঈতিন্নহন্নবা হোৎনদুনা লাক্লিবা ৱাংথ্রবা কংলৈরোন্নি। মুক্লবা অসিবু খাঙঙমদনা শুগত্তুনা য়েংবগী মহুত্তা পুৱারীগী লিগেসিনি খন্না মদুবু ইকায়খুম্নদুনা ৱারেপ ৱাখৈনবা হোৎনবা হায়বসি কংলৈ লৈবাকসিগী হী-য়াইগুমনা মমল য়াম্লবা জেনেসিসনি। ফজবা, কখোকপা, অচূম্বা খোঙথাংনা থমোয় থমোয়বু ঙম্লবা হোৎনবা হায়বসি পুৱারিগী তোরৈ তুথেকনা মীয়ামগী শক্তিগা লোয়ননা তাংকক খরদা মমি শামহল্লবসু মদু কংলে ৱাংউলোনগী মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইদুনা লাকখিবনি। চিরবা তাংকক কয়াদা য়েৎ-ওই খুৎশম্নবগী য়ুম্ফম থোন্দুনা মুক্লববু ৱাখৈনবা হোৎনবদা লাই নুরাবীগী শক্তম লৌরকখিবী নুপীগী ক্লবশিংবু ঙসিদি খ্বাইদগী হেন্না মশক থোকহনবগী মথৌ তারি। মতাঙ অসিদা ডাক্টর ধনবির লাইশ্রমনা হায়খিবদু পনবা য়াই, *তুংগীদমক্তা ঙসিদগী হৌনা শাহৌফবা, পুনশীল্লবা শক্তি অমা ওইনবগীদমক্তা মহাক্কী (ক্লবকী) তুংলমচৎ থিমিম্নগদবনি।* ❑

# ইণ্ডিয়ান লেঙ্গোয়েজেজ ডিবলপমেন্ট কাউন্সিল

মালেমসিদা লৈরিবা থৱায় পানবশিং অসিদগী মীওইববু পুমতোপ তোপ্না খেন্নহল্লিবা অমদি খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্তা পুখৎলক্লিবা অসি লোন্ননি। ৱাখল লৈবা মীওইবনা পুথোকখিবা খ্বাইদগী মরুওইবা খুৎলায় ওইরিবা লোন অসিদা মীওইবগী চৎন-লীচৎ নাৎপু থোইদোক্না মরুওইনা হিংহল্লম্বা অমদি হিংহল্লিবা পোৎশকনি। মসিনা ইপা ইপুগী লনগৈ অমদি নাৎকা তৎন-থানবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইহন্দুনা ঐখোয়গী নুংঙাই য়াইফনা পানবা পুন্সি মহিং পুরকপদা খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং লৌরি।

লোন চাওখৎপা হায়বসি নাৎ চাউখৎপনি হায়না খঙনরি। নাৎ (কলচর) না খুনাইগী মনুঙদা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী অমদি ৱাখল লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইবা শেনমিৎলোনগী থমোয় অমসুং থৱায়নি হায়বগুম্না, লোন্না খুনাইগী অমসুং কাঙলুপ অমগী ৱাখল লৌশিংগী ওইবা অমদি পুক্লিং ঈথিলগী ওইবা শক্লোনশিং অদুগী ময়েক লারবা খোঙচৎ ওইরি। মালেমনা পাম্নরিবা ঈং-চীক্লা হিংমিন্নবা, য়ৈখায় থিনগায়বা লৈতনা হিংমিন্নবগী খ্বায়দগী ফরবা পাম্বৈদি মীওইবা খুনাইগী মরক্তা লৈরিবা অমগা অমগা শাথীনা খেন্নরবা চৎন-লীচৎ নাৎশিংবু ইকায়খুম্নবা অসিনা ওইবগুম্না, লোন্না মীওইবগী হৈ শিংবা মহৈ (আর্ট), পুন্সি মহিং, লোয়নসিল্লোন, ইপা ইপু নাৎ, অমগা অমগা থাজনবা অমদি অপূনবগী পুন্সিরোল অদুবু তুংকোইনা হিংহন্নবগী লৈহাও কাহল্লিবনি। য়াম্লবা ফুরুপশিং অসিগী মরক্তা লৈরিবা মান্নবা নৎত্রগা খেন্নবা শক্লোন কয়াবু মশা-মশাগী তোপ-তোপ্পা মশকশিং ওইরিবা নাৎশিংনা য়োমশিন্দুনা পুরক্লিবা অসিগুম্বা তাঙলবা শক্লোনশিং অসিমক লোন্না ঙাক শেন্দুনা অপূনবা শক্তমগী চেৎলবা য়ুম্ফম ওম্হোক্লরিবনি। মতৌ অসুম্না মমালোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা লৈবাক খুনাইগী পান্দম কয়া চথবা য়াই হায়বসিদা মীৎয়েং থম্লগা, মমা লোনশিং চাউখৎনবা হোৎনবগী পুৱারী ইবা হৌবা লৈবাকশিংগী মনুংদা ইণ্ডিয়াসু চঙশিনবা উরি।

হৌখিবা ফেব্রুৱারি ১৮, ২০০৪ দা প্রাইম মিনিষ্টরনা চেয়রমেন অমদি হ্যুমেন রিসোর্চ ডিবলপমেন্ট মিনিষ্টরনা ডিপুটি চেয়রমেন ওইরগা অতৈ মেম্বর ২২ গা লোয়ননা *'ইণ্ডিয়ান লেঙ্গোয়েজেজ প্রোমোসন কাউন্সিল' (আইএলপিসি)* লিংখৎখিবা অসিনি। হায়রিবা কাউন্সিল অসিদা অৱাং নোংপোক্কী ওইনা অসামি প্রোফেসার সাইলেন ভরালি, মণিপুরী প্রোফেসার এমএস নিংঙোম্বা, নেপালি প্রোফেসার নর বহাদুর রাই য়াওরি। মসিনা লোনগী মরীদা প্রাইম মিনিষ্টরবু পাউতাক পীদুনা ইণ্ডিয়াগী সেদ্যুল লোন ২২ অসিগী ডিবলপমেন্ট, প্রোপেগেসন অমসুং প্রোমোসন তৌরিবা কাউন্সিলনি। হন্দক ৮ শুবা

সেদ্যুলদা লোন মরী হাপচিনখিবা হায়বদি, ভোজপুরি, ডোগ্রী, সনঠালি, বোডো গী অখণ্ড-অহে মরী হাপচিল্লগা কাউন্সিল অসিগী অপূনবা মেম্বর ২৮ শুরকফম থোকই। মতম অদুদা অৱাং নোংপোক্কী সেদ্যুল লোন অহুমগী মথক্তা বোডো হাপচিন্দুনা মরী শুরগনি। অহানবা ওইনা লিংখিবা কাউন্সিল অসিগী মেম্বরশিং/এডভাইজরশিং অসিগী থবক পুগদবা মতম (টার্ম) দি চহি অনীনি। ইং ২০০৪ ফেব্রুৱারিদা ইহান হান্না লিংখিবা কাউন্সিল অসিগী টার্ম ইং ২০০৬, ফেব্রুৱারি ফাউবনি।

কাউন্সিল অসিগী ইহান-হান্না পাঙথোকখিবা মিটিংদি হৌখিবা ফেব্রুৱারি ২৬,২০০৪ দা প্রাইম মিনিষ্টরগী ন্যু দিল্লিদা লৈবা সঙ্গায়মক্তদা পাঙথোকখি। কাউন্সিল অসিগী অহানবা মিটিং অদুদা কাউন্সিলগী কনবেনর ওইবা হ্যুমেন রিশোর্স ডিবলপমেন্ট মিনিষ্টর, ডাক্টর মনোহর জোসিনা মিনিট ৫৫ চুপ্পা কি-নোট ৱারোল পীরদুনা ইণ্ডিয়াগী লোনশিং অসি চাওখৎহন্নবা প্রাইমারী থাক্তগী য়ুনিভর্সিটি থাক ফাওবদা হোৎনবগা লোয়ননা মহৈরোয়শিংবু হীরম (সবজেক্ট) খুদিংমক্তা হায়বদি আর্টস/সাইন্সকী সবজেক্ট খুদিংমক্তা মমালোনগী খুত্থাঙদা মহৈ মশিল তমহনগদবনি অমসুং মসিগী পান্দমনা মাঙদা থম্লগা ইণ্ডিয়াগী সেদ্যুল লোনশিংগীদমক্তা অখাকপা লৈতনা তৌবা য়াবা খুদিংমক তৌগদবনি হায়না ফোঙদোকখি। মহাক্না হায়খি, সেদ্যুল লোনশিং চাওখৎনবগীদমক্তা কম্প্যুটরগী খুত্থাঙদা লাইরিক তম্বীবা অসি তঙায়ফদনা তৌদবা য়ারক্তে। লোনশিং অসিগী মপূঙ ফাবা ডাটা অদু কম্প্যুটরদা হাপচিল্লগা প্রোগ্রাম শেমদুনা মহৈরোয়শিংদদা নত্তনা মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরগনি হায়বা অসিনি। সহরদা লৈরিবা মীওইশিংদা নত্তনা খুঙ্গং লোয়ালমদা লৈবা মীওইশিংদসু খুদোংচাবা অসি ফংহনগনি অমদি নামা শোয়রবা মীওইশিংদা ফাউবা কম্প্যুটর এডুকেসন ফংহল্লগনি। মতমগী চাউখৎ-খোঙথাঙগী হীরম খুদিংমক্তা (সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিদা) মমালোনগী খুত্থাঙদা কম্প্যুটর ইনর্ফোমেসন পীরগনি হায়খিবা অসিনচিংবনি।

সেদ্যুল লোনশিং চাওখৎনবগীদমক্তা মিনিষ্ট্রি অসিনা মহিশুরদা *'সেন্ট্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইণ্ডিয়ান লেঙ্গোয়েজেজ'* লিংখত্তুনা থমলি। মসিদা নত্তনা ইণ্ডিয়াগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা মরুওইনা খা ভারত, অৱাং ভারত, নোংচুপ অমসুং নোংপোক হায়না খায়দোক্তুনা সেন্টরশিং অসি হাংদোক্লি। খুদম ওইনা, মহিশুরদা হাংদোক্লিবা সেন্টর অসিদা খা ভারতকী লোনশিং; তামিল,তেলেগু, কনাড়া অমদি মলয়ালম হায়বা লোন মরী অসিগী তম্ফম ওইরি। অদুগা উরিষ্যাগী ভুবনেশ্বরদা লৈরিবা সেন্টর অসিদা উরিয়া, বেঙ্গলি অমদি অসামি লোনগী তম্ফম ওইরি। অদুগা গুৱাহাটিদা লৈরিবা সেন্টর অসিদনা অৱাং নোংপোক্কী লোন মণিপুরী অমদি নেপালি লোনগী ওইরি। হায়রিবা সেন্টরশিং অসিদা ষ্টেট গবর্ণমেন্টশিংনা মখোয় মখোয়গী ওজাশিংনা পান্থা

লোনশিং তম্নবগী খুদোংচাবা অদু লৌনৈ। মফমশিং অসিদা অতোপ্পগী লোনশিং কনা-কনাগুম্বা ওজাশিংনা তম্বগী খুদোংচাবা ফংণ্ডি। তম্বিগদৌরিবা মতমনা থা তরানি, তলব সেন্টরনা পীগনি। মতাং অসিদা নিংঙোম্বনা নুংঙাইতবগা লোয়ননা ফোঙদোকপদি, অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি শেল চাবদা লায়চুরবা মণিপুরগী ব্যুরোক্রেসি অমদি লৈঙাকপশিংগী কোক্তা চঙদে। "নখোয় মণিপুরগী কনা অমত্তা থারক্তবা করিগীনো" হায়না অসামী মরুপ অমনা হংলকখিবদো কাউথোকপা ঙমদ্রে হায়রদুনা কাউন্সিলগী পান্দম ওইরিবা *'ডিবলপমেন্ট, প্রোপেগেসন এন্দ প্রোমোসন ওফ লেঙ্গোয়েজ'* অদু মণিপুরদদি জিরো ওইরি হায়না নিংঙোম্বনা ফোঙদোক্লি।

টেক্স বুক ইগে হায়রবদি হ্যুমেন রিসোর্স ডিবলপমেন্ট মিনিষ্ট্রিনা লুপা ক্রোর অমা হেক্তা পীগনি। অদুবু মণিপুরদগী গবর্ণমেন্ট অমত্তনা হায়রক্তে হায়রি। লোন চাওখৎনবগী মরীদা *'টেক্নোলোজিকেল এন্দ সাইন্টিফিক টার্মিনোলোজি'* গী ব্রার্কসোপ ২/৩ লক মণিপুরদা পাঙথোক্তুনা টেক্স বুক ইবগী অমদি লোন অমদগী অমদা হন্দোকপগী মরীদা নৈনস্ত্রে। অহানবদা এময়ুদা ইং ২০০০ দা পাঙথোকখিবদু এটিবমেন্ট লৈখি। চেয়রমেন্ট অমগী মখাদা টেক্নিকেল এন্দ সাইন্টিফিক টার্মিনোলোজি চাওখৎহন্নবগী কম্মিসন অমসু লৈরি। অসুম্না থবক কয়ামুক হীরম অসিদা নিয়ম চুম্না তৌবা য়াই। সেদ্যুল লোন চিংখ্রবা মণিপুরি লোনগীদমক থবক য়াম্না তৌবা য়ারে। মিনিষ্ট্রি অসিনা পৈশা থাদরগে হায়দুনা শেম- শাদুনা লৈরবগুম্বনি অদুবু মণিপুরগীদি জিরোনি, পুম্নমক চপ মান্নে; করিমত্তা খঙদে হায়বসি নিংঙোম্বগী মোতনি। মহাক্কী ওবজার্বেসনদা ইণ্ডিয়াদা ইংলিস এডুকেসনদা মায়পাকপা অসি চাদা ৫/৬ খক্তনি, মসিনা ইণ্ডিয়াগী লাইরিক হৈবা ওইরি। অদুগা লেমহৌরিবা চাদা ৯০ হেনবগী মীয়ামদি ব্রাখল লৌশিং শোখহৌরে, ইন্টেলেকচুয়েল্লি বেকব্রার্ড ওইহৌরে। মরম অদুনা ইণ্ডিয়াগী মীয়াম পূম্বা শোখহৌরে হায়বা অসিনি। নীঙতম্বা ফংখ্রবা মতুং চহিচা তংখায় অমগী মনুঙসিদা চাওখৎপগী য়ুম্ফম থোনবা ঙমদ্রিবসি মসিননি।

মরম অদুনা লৈবাক্কী, খুনাইগী চাওখৎ খোঙথাং পুরক্লে হায়রবদি ব্রাখল লৌশিং (নোলেজ) মমুৎ তানা ফংহনগদবনি। অদুবু অব্রাবদি মসি ইংলিসতদি ঙমলোই, মমালোনগী খুথাঙদা ঙমগনি। লৌশিং ফংহনবা হায়বসি লোম্না মায়পাকহনগনি নৎত্রগা মায়থীহনগনি। ইণ্ডিয়া চাউখৎহনবা তারবদি ইমালোনগী খুথাঙদা চাওখৎহনগদবনি হায়বসি ইণ্ডিয়ানা ঙসিদি ময়েক লানা খঙবা ঙস্লক্লে হায়বসিনি। হান্নদি ইংলিস, ফ্রেঞ্চ, জর্মন তম্নবা মপান লৈবাক্তা চৎনরম্মী। হৌজিক্তি লৌশিং (নোলেজ) পীবা হায়বসি মমালোনদা তম্বিরগা ওইথোক্কনি হায়বসি খঙনরকপদগী ইণ্ডিয়াসু মীৎকপ থোক্লে। মসিনা মাঙদা থন্নগা ইণ্ডিয়াগী লোনশিং চাওখৎনবা হোৎনরকপগী থবক চখরে। ক্লাস এলবেন,

টুয়েল্বদা মমালোনগী খুত্থাঙদা তম্নবগী থৌরাঙ চত্থরক্কে। তশেংবমকসু লোন চাওখৎহনবা *(ডিবলপমেন্ট)* হায়বসি খুনাই অদুবু চাওখৎহনবনি। লোন পাক-চাউনা শন্দোকপা *(প্রোপেগেসন)* হায়বসি খুনাইগী মশা মরেং লোঙথোকহনবনি। লোনগী থাক ৱাংখৎহনবা *(প্রোমোসন)* হায়বসি খুনাইগী থাক ৱাংখৎহনবনি। ডিবলপমেন্ট, প্রোপেগেসন অমসুং প্রোমোসনগী মরক্তা অমগা অমগা লৈনরিবা মরী অসি মুন্না খঙনা লোন চাওখৎনবা হোৎনগদবনি। লোন চাওখৎনবা হোৎনবদা পুক্লিংগী ইথিলদা য়ুম্ফম ওইরগা তৌগদবা নত্তে; মসিদি কলচরগী খুত্থাঙদা, এডুকেসনগী সবজেক্ট খুদিংমক মমালোনগী খুত্থাঙদা লৌশিং পীগদবনি। মমা লোনগী খুত্থাঙদা লৌশিং পীদুনা এডুকেসন পীগদবনি। মীতৈ খুনাইদা চৎনরিবা পুং-ঈশৈনচিংবা খুনাইগী মচাকশিং পূম্নমক চাওখৎহনবা তারবদি মমালোন চাওখৎহন্দবা য়ারোই হায়বসিনি। অদুগা চীংগী তোঙান-তোঙানবা লোনশিং অসিগী খুত্থাঙদা ঐখোয়গী আর্ট এণ্ড কলচরবু চান্ন-চিন্নহন্দুনা অমত্তা ওইবগী মওংদা শরুক য়াম্নিননবা হোৎনবা হায়বা প্রোপেগেসন অসিমক য়াম্না মরুওইবা মচাকনি। অদুবু মণিপুরি লোনগী প্রোমোসন লৈত্রি হায়বসি মেত্রিক লোইরগা তমনিংঙাই টেক্স বুক লৈতবা অসিনা উৎলি।

মতাঙ অসিদা প্লান্নিং চঙলি। স্টেটস প্লান্নিং অমসুং কোর্পস প্লান্নিং অনীগী মনুঙদা অকোনবগী টেক্স বুক, রিফরেন্স বুকনচিংবা মচাকশিং ফংহন্দুনা থৌরাঙ তৌবা অসি অশেঙবা প্লান্নিংনি। অদুগা কনাগুম্বা চীংমীশিংনা মণিপুরি তমনিংদবগী স্টেটস কন্সিয়সনেস ওইবা থৌওং অসিগীদমক প্লান্নিং মথৌ তাই হায়বসিনি। মরম অদুনা টার্ম অহুম অসিনা কোল্লিবা পাক-চাউরবা ৱাফমশিং অসি খঙদনা লোন চাওখৎহনবা য়ারোই। রাস লিলানা ফজরবসু মণিপুরি লোন য়াওদবনা মপাম্থোংগী ওইনা ফজবনি, সিবিলাইজেসনগী মীৎয়েংদা ফজবা নত্তে। নিংঙোম্বগী মোত্তা, অনেম্বা থাক্তগী অৱাঙবা তাইবঙ মহৈকোল ফাউবদা ইশাগী লোন্দা মহৈ তম্বা অসিনা খুনাই অসি চাওখৎনবগী অমত্তা ঙায়রবা পাম্বেনি । মহৈ তম্বসি লোন তম্বা নত্তে, লৌশিং তানবনি। লৌশিং য়াউদনা খুনাই চাওখৎপা য়াদে। হৌজিক্কী মতমদা ন্যু ফোকস গ্রুপনচিংবা শেমদুনা ইংলিস তম্বীবগী মহুত্তা লৌশিং তম্বীদুনা ঐখোয় মীয়ামগী পুক্লিং-ৱাখলদা লায়ররিবা, শোত্থরিবা অসি কোক্লবা হোৎনবা মথৌ তারে হায়বসি ***ইণ্ডিয়ান লেঙ্গোয়েজেজ প্রোমোসন কাউন্সিল*** গী ফিরেপনি অমসুং খোঙথাঙনি। এমপিএসসিদা মণিপুরি য়াউরগা এলবেন-টুয়েল্ব, ডিগ্রিদা য়াওদ্রিবা, সেদ্যুল লোন মণিপুরিদা পাউখুম পীবগী হক ফংদ্রিবা, খুনাইগী থৌরম কয়াদা মীতোপ লোনদগী নীঙতমদ্রিবা খিবিক অসিনা খুনাইগী থাক উত্তুনা চাওখৎ খোঙথাঙদা খুরৌ থাংলিবা খিবিক অসিদা কাউন্সিল অসিনা অকনবা শাফু পীরক্কনি হায়না লৌনরি। ❑

# আর্মদ কনফ্লিক্ট লাম্নংলবা অণ্ডাণ্ডশিং

ইণ্ডিয়াগী ফিবান্নুংদা মণিপুরবু নম-হাদুনা পুশিনখিবা অসি এনেক্সেসন্নি, মসিবু য়ানিংদে হায়বগী রেসিস্টেন্স ঈহৌ তৌদুনা ওকুপেসনেল ফোর্স ইণ্ডিয়াগী মায়োক্তা নেসনেল লিবরেসনগীদমক লাম্থেংং পীরক্লিবা মণিপুরগী য়াওল ঈহৌগী পুন্নারীদা ঙকফম থোক্তবা চাংয়েং অমা মায়োক্লখি। য়াওল্লুপশিংগী ফোংনা লমদনফম ওইরম্বা মরু ওইবা মফম শজিক তম্পাক ওকুপেসনেল ফোর্সশিংগী মখুত্তা মতম খরগী নৎত্রগা মতম চুপ্পগী ওইনা মাঙখিবদগী মদুনা ওইহল্লকপা য়াওল ঈহৌগী পুক্লিং-ব্রাখলগী অহোংবা নৎত্রগা অচেৎপা ফিভমগা লোয়ননা ষ্ট্রেটেজিকেল ইন্টরেষ্টদা মখা পোল্লগা লাম্থেংনরকপা অসিনা লমদমসিদা আর্মদ কনফ্লিক্ট সিচুয়েসন হেন্না হেন্না ময়েক শেংলক্লবগী মরম ওইরি। নেসনেল মুভমেন্ট অমা পোলিটিকেল ওইনা চত্থরিবা মরমনা মখোয়গী মুরাল মাঙখিদনবা অমসুং অতৈ মরম কয়াগীদমক্তা মরক-মরক্তা নৎত্রগা তোয়না খুৎ থোক্লদুনা কনফ্লিক্ট সিচুয়েসন অমগী অশেঙবা শক্লোন উৎলকপগী থৌওংদি উবা ফংলক্লি। মসিদা লাক্লিবা ব্রাফমদি, মালেমগী থাক্তা মালেমনা য়ানরবা দাবী অমা মালেমনা চত্থনরিবা মওংদা হৌখিবা মীরোল মরী চুপ্পা নৎত্রগা লময়ানবা হিজম ইরাবোত মতমদগী হৌনা দাবী তাল্লক্লবসু শক্তি খরনা মালেমগী নাকোং য়ৌখিদনবা হোৎনরকপগী থৌওং অসিগী মরক্তা ঙসিগী আর্মদ কনফ্লিক্ট সিচুয়েসনগী থৌওং হেন্না ময়েক শেংলক্লিবা অসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী হক কয়া খোঙগাওনরক্লিবা অসিবু য়েংশিন্নবা মালেমগী ওইবা লুপশিং অমসুং হ্যুমেনিটরিয়ান বোডি শিংনা হেন্না খুৎ থিংজিনবগী মথৌ তারক্লবরা হায়বা ব্রাফমসি লাকই।

হৌখিবা এপ্রিল ১৭ দগী হৌনা শজিক তম্পাক্তা ইণ্ডিয়াগী লান্মীশিংনা চঙশিনখিবদগী য়াওল্লোয়শিংগা খুৎ থোক্ল-থোক্লনা মায়কৈ অনীনা তোঙান-তোঙান্না খেন্নরবা ব্রারোলশিং থোক্লরকখ্রবসু, হন্দক্কী হৌখিবা মে ২১ দা পাউমী কাঙবু অমগা লোয়ননা মণিপুরদা লৈরিবা হ্যুমেন রাইটস ওর্গেনাইজেসন, সিভিল সোসাইটি অমসুং মৈরা পায়বী লুপশিংগী মীহুৎশিংনা পূন্না শজিক তম্পাক অমসুং মসিগী অকোয়বদা খুন্দারিবা খুনজা মীয়ামগী পুন্সি মহিং য়েংশিল্লুনবা চৎখিবা খোঙচৎ অদুনা য়াম্না ময়েক শেংবা শক্লোন উরক্লে হায়না পাউচে খরনা রিপোর্ট তৌনরকখ্রে। *অপূনবা মণিপুর কনবা ইমা লুপ (অমকিল), য়ুনাইটেদ নেসন্স এসোসিয়েসন মণিপুর (উনাম), কমিটি ওন হ্যুমেন রাইটস (কোহর), হ্যুমেন রাইটস এলর্ট (ঐচআরএ), চনুরা লমচিংলেন কংলৈপাক (সিএলকে), গ্রেটর ইণ্ডিজিনস পিপলস' সোসাইটি (টিপস), মচা লৈমা, পোইরৈ লৈমরোল মৈরা পায়বী (কংলামৈ)* না পাউমীশিংগা লোয়ননা চৎলুবা খোঙচৎ অদুদা অকক্লবা মফম খরদি আর্মিনা চঙবা থিংলবসু শজিক তম্পাক্লি অমসুং অকোয়বগী

মীয়াম্মা অৱা চৈথেং নংলম্বা খিবিক্কী অশেংবা শক্তমশিং খঙবা ঙমলকপ্রে হায়বসিনি। শজিক্তা অমসুং অকোয়বদা আর্মি লৈশিনখিবনা খুঞ্জাশিং মনিংতম্মা হিংবা ঙমদ্রে হায়বা, খুল ১০ গী খুঞ্জাশিংদি লাঞ্জেন্নখিবনা খুলশিং মুৎখিবা য়ানা লৈরকপা, লৌবুক্তা লৌ শুবা চৎহন্দবা, মপান থোক্লা শেল তাঞ্জবা য়াহন্দবা অসিনচিংবা অসিনা মীয়ামগী ফংফম থোকপা হকশিং খুদম ওইনা, চানবগী, লৈফমগী, নীংতম্মা চথোক-চংশিন তৌবগী, মহৈ-মশিল তম্বগী অমদি হকশেলগী হকশিং সেক্যুরিটি ফোর্সশিং লৈশিনখিবা অসিনা হক খোঙগাউনবা থেংনরক্লে হায়বসিনি।

মীয়াম্মা য়াম্মা থম্মোয় শোকপদি, আর্মিনা স্কুল কয়ামুক্তা লৈশিনখিবা মরমনা চৎথোক চংশিনগী খুদোংচাবা ফংদ্রবা মহৈরোয় চা কয়ানা মহৈ তম্বা ফংদ্রবা অমসুং পীক্লিবা অঙাংশিংনা অকি-অখঙনা লাঙ্গোয় চল্লদুনা লাঞ্জেন্নবা অসিদা থাউদুনা আর্মদ কনফ্লিক্কী লান্নংলিবা অসিনি। ফিভমশিং অসিনা মীয়ামবু নমদুনা ময়ুমদগী তান্থোকপিনবা (ইন্টরনেললি ডিসপ্লেসদ) লমদম ওইহল্লবে। মসিনা লাঞ্জদ্রবা অঙাঙশিংগী ফংফম থোকপা হক মৎপিদুনা অমসুং পুক্লিং রাখলদা অকি- অখঙনা কুপশিলহন্দুনা মবুদ্ধি মচৌশিং শোইনাইহনগদৌবি। অঙাঙশিংবু শোযনাইহনবা হায়বসি হয়েংগী তুংলমচৎপু শোইনাইহনবনি অমদি মীওইবা খুনাইবু শোইনাইহনবনি। শম্না হায়রবদা, কনফ্লিক্ট লৈবা লমদমদা অতৈ হকশিং খোঙগাউনবগী মনুংদা ঐখোয়গী হয়েংগী লাইবক ওইরবা অঙাঙশিংবু য়ুমদগী তান্থোকপিবিবা অমদি মহৈ তম্না য়াউনা অতৈ হকশিং ফংহন্দ্রবা অসি ঐখোয়গী খ্বাইদগী মাঙজবনি। ঐখোয়গীদা নত্তে, মীওইবা খুনাইগীনি। তৌঙিক্কি মতমগী পুন্সি মহিংদা ঐখোয়গী লৈজবা পূম্বা অঙাঙ শেমগৎপদা ইনভেষ্ট তৌদুনা অপেৎপা লৈখোমগুম্না লৌনরিবা লন অসিবু কনফ্লিক্ট লান্নংলবা লমদমদদি কবিসু লৈতবগুম্না নুঙচেৎ-নুঙগায়গুম্না তা-তাদুনা লৈরি। লানগী অকিবদগী থাপ্না থম্বদি লায়রদনা ঙসিগী অনৌবা মওংগী লাল্লোং কয়াগা লোয়ননা থোবক্লিবা আর্মদ কনফ্লিক্টগী ময়াইমক্তদা লাঞ্জদ্রবা অঙাঙশিংবু লংশেক্লুনা লান্নংহল্লি। মসি মালেমগী ওইনা লাইবক থীবনি। অদুবু মালেমগী অফবগী খোঙচৎ ওইনদি, *'লান্নংলবা অঙাঙশিংগী মালেমগী নুমিৎ"* জুন মরি খুদিংগী পাঙথোক্লি। মসিগী ৱাহন্থোক্লা করিনো ?

তশেংনমক, কনফ্লিক্ট অসিনা অঙাঙশিংগী পুক্লিং হকচাংবু পুন্সিগী ওইনা য়াম্না শোকহনখ্রে। কনফ্লিক্টকী হৌনশা ওইনা খুৎ থোক্লরকপদা, অৱা অনা তারকপদা ইমুংদগী শেৎন-খাইনরিবা অমসুং অতোপ্পা মফমদা লাঞ্জেনদুনা নৎত্রগা অমুক হন্না মশাগী লৈফমদা হঞ্জিনবা ফংলবসু অহল লমন কায়নরম্বা অমদি মশাগী অশেঙবা মশক মাঙলম্বা অসি মখোয়গী মফমদা তত্তনা থোক্লিবা কনফ্লিক্টকী শক্লোন্নি। মুক্লবগী ফিভম (কনফ্লিক্ট) না য়ুমদগী তান্থোকপিরবা মীয়াম (ডিসপ্লেসদ পোপুলেসন) গী চীঞ্জাক, ঈশিং, শেন্থোক, হেল্‌থ কেয়র, সেলটর নীংথিনা ফংদবদা নত্তনা অকোয়বগী তেঙবাং ৱাৎপা অসি

হৌনশানি। মসিনা মরম ওইদুনা অঙাঙশিংনা চাহৈদবা পোৎ চারকপা, য়েংহৈদবা মিংয়েং য়েংলকপনা মীনা কিনরবা লায়নানা নারকপা, ব্রাখলগী লায়নানা নারকপা অমদি হিংসাগী থেবক্তা চেন্নরকপা অসি তত্তনা থোক্লিবা থৌওংনি। অসিগুম্বা য়ুমদগী তাম্থোকপিরবা মীওইশিংবু খুনাইগী খারবা মীৎয়েংনুংদা থম্লকপদা নত্তনা মখোয়গী পুন্সি অসি মহৌশানা পুক্লিং লুমদবা মওংদা লৈ। মখোয়না পুন্সিদা কাওঙন্নরো-ইদবা ব্রাখলগী চৈনা পুদুনা নাগল্লি অমসুং মখোয়না পাম্বা পুক্লিং-ব্রাখলগী তেঙবাং অদু ফংহনবা ঙম্মদে। অসিনচিংবা ফিভম কয়ানা কনফ্লিক্ট লৈবা লমদমদা অনৌবা মীরোলগী খোঙ্গুল মুৎনবগী মরম ওইহনবদা নত্তনা মীওইবা খুনাইদা শাথীরবা চৈথেং পীরকই।

মরম অদুনা, কনফ্লিক্ট লৈবা লমদমদা অঙাঙশিংগী শোয়-ঙামদনবা হ্যুমেনিটরিয়ান লোনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিল্লি। পার্টি অনিমক্তা সিবিলিয়ান পোপুলেসন শোক্তনবা নিয়ম ঙাক্না চৎপগা লোয়নননা অঙাঙশিংবু ইকায় খুম্নগদবনি। শম্না হায়রবদা, অঙাঙশিংনা মথৌ তারিবা এডুকেসন, কেয়র য়াউনা মখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভমগী মরুওইবা অমসুং মবী মতাশিংগা লোযননা লৈমিন্নহনবগী খুদোংচাবা পীগদবনি। থৌওংশিং অসিদা মরী লৈনবা ওথোরিটিবু তেঙবাংবদা *ইন্টর্নেসনেল রেড ক্রোস* অমসুং *রেড ক্রিসেন্ট মুভমেন্ট*না চংবা হ্যুমেনিটরিয়ান লুপশিংনা মরুওইবা থৌদাং লৌবিগদবনি।

থোইদোক্না মরুওইবা অমনা, জিবিবাম, শজিক তম্পাক্নাচিংবা মফমশিংগী মহৈ তম্ফমশঙদা আমিনা নমদুনা লৈশিনবগী মথক্তা মহৈরোয় অঙাঙশিংনা চৎপা, লাইরিক তম্বা য়াহনদবা অসি নমথাবিরবা লমদম অমগী ময়েক শেংবা শক্লোন্নি। মরৈবাক্কীদমক চোংথোরক্নবা মীওইশিং অমদি মরী লৈনবা লনাই লুপশিংনা কনফ্লিক্ট এরিয়াশিং অসিদা মহৈ তম্বগী হক ফংহন্নবা মালেমগী থাক্তা হোৎনবগী তঙায়ফদবা লাক্লে। লমদমশিং অসিদা এডুকেসন ফংনবা হোৎনবা মুক্নরিবা (কম্প্লেটেন্ট) শক্তি পুম্বনা অয়েৎপা পীবিরোইদবনি। কনফ্লিক্ট লৈবা লমদমদা এডুকেসনগী হক ফংহনবা হায়বসি ডিবলপমেন্টেল ইনিসিয়েটিব অমনি। মরম অদুনা ইমর্জেন্সি রিলিফ তেঙবাং পীবদগী মসিনা তোঙান্না চথহনবা তাই। মীওইবগী ফন্দামেন্টেল ফ্রিদম, মীওইবগী হক অমদি তংদু-লৈতানা চিংববু ফংহনবা ঙমলিবা এডুকেসন অসি অতৈ রিলিফ প্রোবিজনগী মচাক্তগী হেন্না প্রাইওরিটি কম্পোনেন্ট ওইহনগদবনি।

কনভেনসনগী আর্টিকল ৩৮ না অঙাঙশিংগী মরীদা চৎনবিবা মালেমগী হ্যুমেনিটরিয়ান লোবু ইকায়খুম্ননা ঙাকুবা হায়বগা লোয়নননা আর্মদ কনফ্লিক্টনা শোকহল্লবা লমদমগী অঙাঙশিংবু অশোয়-অঙাম থোক্তনা শেন্নবিনবা হায়রি। আর্টিকল ৩৯ না কনফ্লিক্টনা লান্নংহল্লবা অঙাঙশিংবু নুংশিনা লোয়নবিনবা, অকি-অখংদগী তংদু-লৈতাহন্নবা অমদি কায়নশ্রবা মাগী খুনাইগা অমুক হন্না পুনশিন্নহন্নবগী হায়রি। অসুম্না অঙাঙশিংবু ঙাকশেনবা, মহৌশাগী ফিভমদা হঞ্জিলহন্নবগী খ্বাইদগী মরুওইবা পাম্বৈদি

এডুকেসন্না ওইবা মরমনা মথক্কী আর্টিকল অনী অসি পাঙথোকপদা এডুকেসন্না খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাং লৌই হায়বসি লাল্লরোইদবা ৱাফমনি। মরম অদুনা হ্যুমেনিটরিয়ান লোগী মীৎয়েংদদি, কনফ্লিক্ট লৈবা লমদমদা খুদুম চল্লিবা শক্তি য়াওনা ষ্টেট (ইণ্ডিয়া) গী খ্বাইদগী অহানবা তৌগদবা থবক্তি খুদুম চনবিরবা মীয়ামবু মতেং পাংদুনা ঙাক শেনবিগদবনি অমসুং মথৌ তাবা রিলিফকী পোৎলমশিং ফংহনগদবনি। হ্যুমেনিটরিয়ান লোবু ইকাইখুম্নদুনা কনফ্লিক্ট লান্নংলবশিংবু ঙাকপি-শেনবিগদবনি। মসিগী মথক্তা, মীয়ামগী হিংবদা চঙবা পোৎলমশিং ৱাক্তুনা নৎত্রগা ফংদদুনা মীয়াম্না অৱা চৈথেং নংলবদি লান শোক্লরিবা শক্তি অনীমক্তা অৱাৎপা পোৎলমশিং তঙায়ফদনা শোয়দনা ফংহন্নবা রিলিফ এক্সন চৎথগদবনি। ❑

# নিশা থাদোক্লবা খুনাই

লমদমসিগী শেম্ষোক ৱাৎলবা অমসুং হিংনবগী লানফমদা লম্বী মাঙশিল্লক্লবা মীয়াম্না মশা খঙনা নৎত্রগা, মশা খঙজদনা নিশাগী ঈপাক্তা লুপথববা পুন্সিরোলনা পীরকখিবা মপুঙ ওইবা শক্তমনি। হৌখিবা মীরোল ৩/৪ মুক্কী মনুঙদা শাথীবা চাং য়ৌরকখিবনি। মখল কয়াগী হাউরবা *য়ু, গনজা, হসিস, নার্কোটিক্স, হেরোইন, মেঠাদোন, কোকেন, ডিজাইনর ড্রগ* নচিংবা মহাউ লৈরবা নিশাশিং অসিদা নত্তুনা হীদাকমনানা শুংবা *খৈনি, জর্দা, পান মসলা, গুৎখা, তলপ* নচিংবা শুক্ষ্মৎযাই পুরবা নিশাশিং অসি খুৎনা লাম্বা ফংবা মফম খুদিংদা ফংহন্দুনা ঐখোয়গী অশি-লাং থাক্লি। পোৎলমশিং অসি মহাউ লৈবা মওংদা শুংদোক্তুনা থাদোরক্লগা মমিং চৎলবা পান দুকানশিংগী মথেল ওইহল্লরি। মসিনা মীতিন্নবা অমদি লেমজবা পাম্বা মীওইশিংবু নিশাগী হন্দোকপা ঙমদ্রবা বেহুনুংদা থুহল্লি। মরৌ লৈবা নেটৱাক্কি লাং অসিদা নুপাদা নত্তনা নুপী ফাউবা পাক্তক্লনা থুরি। ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিং, মহৈরোয়শিং অমদি শান্নরোয়শিংনা য়াম্না লেম্বা মওংদা শীজিন্নরি। পান দুকানশিংদা অপাম-অপাম্বনা লৈজনবা মওংদা থম্বদা নত্তনা ইমুং মনুংগী থৌদোক থৌরম অয়াম্বদা চৎনবী ওইনা পোৎলানগী পোৎলম ওইনরক্লি। থৌদোক ৱাথোকশিংদা জর্দা মথেল য়াউদ্রবদি মপুঙ ফাদ্রবগুম লৌনরক্লি। মসিদগী হকচাং শোকহন্দুনা পুন্সি তেনশিনবগী লনাইগী ওইবা ৱাফমদা নত্তনা খুনাইগী শেম্মিৎলোনদা অকায়বা ওইহল্লরি। মসিগী মহয়দি, তুংলমচত্তা মাঙ-তাকহৌরগদবা লাইফত্তবগী লৌনম অসিবু উনা উনা, খঙনা খঙনা ঙসিগী মীরোলনা য়েংদুনা লৈহৌবা হায়বসি খুনাই অসিগী য়ুম্বীরেলশিংবু শুম-তাও চাহল্লম্বনি অমসুং ঐখোয়গী অনৌবা মীরোলবু হিংবগী আশা পীরমদবনি। জাতি অসিগী লিংজেল

মান্নবগী অনৌবা পুন্সিরোল অমা শাগৎনবগী চুমশিন্নরবা অওনবা খোঙকাপ অমা লৌবা ঙমদ্রে হায়বগী লাইওং উৎতুনা আশা লৈত্রবা খুনাই অমা ওইহৌরবনি।

অদুবু হন্দক নিশাগী মায়োক্তা অনৌবা খোঙজং অমা চঙশিল্লকখিবা অসিদা খুনাইনা থোইদোক্লা আশা তৌবা য়াত্রা হায়বা ৱাহংসি লাকই। নিশাগী ঈরোন্নুংদা লুপথরুরবা জাতি অমনা মতমগী মতুংইন্না মীৎকপ থোরক্তুনা অমুক হন্না হিংনবগী খোঙকাপ লৌরকপা জাতিগী ওইবা খোঙচৎকী শরুক অমরা হংবা য়াই। নিশানা খুদুম চনখিদুনা তুংলমচৎ মমলুরবা খুনাই অমনা মশাগী চেঙ লৈদুনা পুন্সিগী অরোয়বা শ্বর হোন্দ্রিঙৈদা মতীঙ ফুদোরকপা অওনবা খোঙচৎ অদুরা? শিগদৌবগী মতম ঙাইদুনা লৈরকপা জাতিগী ঈচেলমক্তি নত্তবনিনা ঈচেল লেপ্পা মাল্লুরবসু লৈখা লৈরোন্নুংদদি চেল্লমলি হায়বা উহল্লক্লিব্রা? অদুবু অমুক হন্না নীংশিংজনিংবদি, মসিদা লুরিবসি অওনবগী পুঙখোন্দা খোঙকাপ লৌহনগদবা মীওইশিংদুনি, মথ্বায় হাপকদৌরিবা খুনাইগী শরুকশিং অদুনি। পুরারীনা হায়খিবগুম্বা, অশোয়বা অরানবা ওইগদবশিং অদুখক্লা ঈচেলগী ঈমায়দা তাওথখ্রবা মতমদা যাই-ওইবা মণি থিবশিংদি ঈরোন্নুংদা লুপথদুনা চৎলি হায়বগুম্না খোঙজং অসিনসু উৎফম থোকপা উৎলক্কনি হায়না থাজৈ।

তশেংনমক, ঙসিগী নহাবোলশিংগী মরক্তা খৈনি, জর্দা অমদি গুৎখানচিংবা পাক্তক্লা শীজিন্নরিবা অসিগুম্বা লমদমসিগী নুপীশিংনসু জর্দা, পানমসলা নচিংবা কা হেন্না শীজিন্নরকপা অসিনা মশা মশা শোকপদা নত্তনা তুংগী মীবোলশিংবু হামচেৎ হামপোইনহনবা অমদি জাতি অমবু শোইনাইহনবা থৌওং অমগুম্বা ওইরক্লবনি। মসিদা নত্তনা লমদমসিগী শেন্মিৎলোনদা চাউরবা অকায়বা অমা ওইবক্লবনি। মসিসু হৌবদা ঙায়রি, তুংদা ওইরক্কদবা কনজুমরিজমগী লাল্লোংনা খুনাই অসিবু মায়কৈ শলাই খঙদনা লুমদুনা পুগদবগী ঙাইদুনা লৈরিবনি।

অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইনা মাঙ তাক্লক্লিবা থৌওং অসিদগী কন্ননবা হোৎনফম থোকপদি অহানবগী ওইনা অথিংবগী খোঙজং অসি ওইগনি। তৌবদবু মফম খুদিং চীথবা লৈতনা চঙশিনবা চুমগনি। চিঠৈ নাইরবদি মায়পাকপদা খুরৌ থাংগনি। চীং তম, খুঙ-টাউন হায়বা খাক্তনা অমুক্তদা মায়কৈ খোন্না খিংহৌবা চুমগনি। খুনাইগী মীযাম অমসুং লুপশিং অসিবুসু নক্লা নৎত্রগা লাপ্পা শরুক য়াহন্দুনা চঙশিন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা মরুওইবা য়াঙলেন ওইরিবা এৱার্নেস এডুকেসনগী মপাঙ্গল ওইহৌগনি। খুনাইগী অনীংবা অপাম্ববু ইকায়খুম্ননা চঙশিনবা অসিনা তুংদা লাক্কদৌবিবা মতম পুম্নমক্কী ওইনা খুনাইগী অফবা থবক পাঙথোকপগী লীক্লম অমা য়াৎহৌবগী অহানবা ওইনা লময়াল্লগনি। অমরোমদসু, হায়রিবা থবক অসি পাঙবদা থেংনগদৌরিবা মীশর্কাসিং, ললোনবগী নেটৱার্ক এজেন্সিশিং অমসুং মদুবু শৌগৎলিবা শক্তিশিং অসি অরায়বদি অমত্তা ওইরোই। অমমমনা অততাই ওইনা ফোংনা মায়োক্তা লেপ্পা ঙমদ্রবসু লোন্না থুপ্পা অরোয়বী থাদুনা চথরক্কদৌরিবনি। থিংবগী থবক অসি

চথবা মতমদা অন্না অনা কয়ামুক মায়োক্লবদা নত্তনা শিন্থগদৌরিবা হুমাংগী মচু অদুসু অঙৌবা খক্তা ওইদবা য়ারিবনি। মসিগী মরুমদা খুদোংচাবা লুম্বা মখল কয়াগী মীওইশিংনা কেমোফ্লাজ তৌদুনা লৈগদৌরিবনি। মরম অসিনা থৌওং অসিদা য়ারিবমখৈ মীয়ামবু শরুক য়াহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা মপুঙ ওইরগা ঐখোয় ঙসিগী মীরোল্লা নিশাদগী নীংতম্বগী মীৎকপ থোক্লে হায়বা খোল্লাউ লীশিং লীশিং লাউহন্দুনা মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তগী খোম্থাং য়েহল্লবদা খোঙজঙ অসি মায়পাকপা হৌরে হায়বা য়াগদৌরিবনি। মসি নত্তবদা এক্টিবিষ্ট খক্তমক থাদোকপা হায়বসিনা ললোনবগী নেটৱার্ক এজেন্সিশিং, কঞ্জুমরশিং অমসুং অতৈ শক্তিশিংগী লাংদা ইরায় লায়না তাখিনবগী মবমসু ওইবা য়াই।

থৌওং অসিদা য়াম্না মরুওইরিবদি, নিশানা ওইহল্লিবা তুজুংনিংঙাই ওইরবা অমাঙবশিং অসিগী এৱার্নেস এডুকেসন পীবগী ৱাফম অসিনি। অমাঙবশিং অসিবু লায়চুরবা মীওইশিংনা ফজনা খঙলবা মতমদা নিশা থাদোক্লিংবা পোক্লক্লবা অমসুং অনৌবা মীরোলনা চেকশিঞ্জনবা যুমফম শেম্ননা খোঙজং অসিগী অশেঙবা মায় পাকপা ওইগদৌরিবনি। এৱার্নেস অসিগীদমক্তা খুনাইগী লুপশিংনা হোৎনবদা নত্তনা এডুকেসনগী সিল্লেবস মনুঙদা য়াউহনগদবনি। খৈনি, জর্দা, গুৎখা নাচংবা হীদাক মনানা শাবা মিঠাইগুম্না চাবা-উম্বা য়াবা পোৎলমশিং অসিনা চুরুট থকপদগী হকচাং হেন্না শোকহল্লি হায়বসি অয়াম্বনা খঙনদ্রিবসি মকুওইন। লৌনা চুমগনি। অমেরিকাগী মেডিকেল এসোসিয়েসন্না চেরোল অমদা *স্পিট টুবেক্কো* নৎত্রগা, *স্মোকলেস টুবেক্কো* হায়না খঙনবা চিরিং টুবেক্কো অসিদা কেন্সর থোকহনবা য়াবা মচল কয়ামুক য়াউরি হায়নি। চীন্দা থোকহনবা য়াবা কেন্সরদা নত্তনা থম্মোয়গী খোঙচত্তা, শিংলি, কোক অমসুং হোর্মোনগী খোঙচত্তা অকায় অতোয় য়াম্না থোকহনবা অসিনা ফিলটর পানবা চুরুট থকপদগী হেন্না মাঙতাকহল্লি মরমদি, মসিদা চাদা ২৪-৩০ গী চাংদা নিকোটিন য়াওই হায়রি। চাথত্তুনা কেন্সর থোকহনবা য়াবা মচল কয়ামুকসু য়াউরি। য়াগী য়াখোঙ লনথোকহন্দুনা য়াবীদা ঈ হৌহল্লগা পোমথোকহন্দুনা হন্না হন্না চাথৎনবগী মচল য়াউই হায়বসিনি।

মতম খরগী মমাঙদা ৱার্ল্ড হেলথ ওর্গেনাইজেসনগী মকোক জিঐচ ব্রুন্দলেন্দ দিল্লিদা লাক্লুনা *গ্লোবেল টুবেক্কো কন্ট্রোল লো* গী হীরমদা কনফরেন্স তৌদুনা চিৱিং টুবেক্কো য়োনবা থিংনবা রিকম্মেন্দ তৌখি। মদুদা ইণ্ডিয়ান মেডিকেল এসোসিয়েসন্না মাঙজিল থংনা হোৎনগনি হায়না লাওথোকখিবনি। অঙাং ৪০০০ না টুবেক্কোগী পোৎলমশিং শোক্লোই হায়না *সাউথ ইষ্ট এসিয়ান এন্টি টুবেক্কো* মৈরী চুখৎতুনা ৱাশক্লখিবনি; অদুগা মৈরী অদুনা ডিষ্ট্রিক্ট ২১ শীন্থুংনা পুরগা বাঙ্গলাদেশতা লোইশিন্নবা লেপ্পখিবনি। অদুবু বিল অদু হৌজিক ফাউবা হেলথ মিনিষ্ট্রিগীদা তাদুনা লৈরি। অসুম্না চহি খুদিংগী ইণ্ডিয়া মচা ২০০০ না হীদাক মনাদগী শিরি। মদুগী মরম হায়ববু শেলদা হেক্তা তারকই। ইণ্ডিয়ান মিনিষ্ট্রি ওফ কম্মর্সকী টুবেক্কো বোর্ডনা হায়বদা, ইণ্ডিয়াগী তোঙান তোঙানবা মফমদা লম হেক্টর লাক্ষ মরিদা হীদাকমনা থারি। মসিনা ইণ্ডিয়া মনুঙদগী এক্সাইজ টেক্স ওইনা লুপা ক্রোর ৪২০০ অমসুং মপানদগী লুপা ক্রোর ৮০০ চহি খুদিংগী ফংঙি হায়রি।

---

**য়ুখল মরুমদা**

টুবেক্কোগী চীরোল অসিসু কনবা জাৎনি। টুবেক্কো কম্পনিশিং অসিনা তাৎ তৌদুনা অমদি ফত্ত-লৌশিংগী এডভর্টাইজ তৌদুনা ইনখৎলকপা নহাশিংবু নমথাক তৌবীরি অমদি পোলিটিকেল পোলিসি অমসুং ইকোনোমিবু মাঙ তাকহল্লিবনি হায়না ব্রুন্দলেন্দনা হায়খিবা লৈ। অদুগা, টুবেক্কো কম্পনিগী এদভর্টাইজ তৌরিবা শেনফম অসিনা খ্বাইদগী ৱাংবশিংগী মনুঙদা অমা ওইরি। মখোয়না স্পোর্টস কয়া শৌগৎলি, নাইট শো কয়া স্পোন্সর তৌই, মদুনা নহা ওইবশিং ফানবা হোৎনৈ। *গ্রান্দ প্রিক্স* কী কার লমজেল তান্নরিবসি টুবেক্কো কম্পনিশিংগী থবকনি। অদুবু হৌজিক হীদাক মনাগী পোত্থোকশিং অসিদা হেল্‌থ ৱার্নিং তৌবগী মথৌ তাবদু মালেমগী লৈবাকশিংনা কন্না ফাওনরক্লে। চেফোংশিংদা চুরুটকী মহুৎ শিনবা ওইনা ফোংলিবা *সিগরেট এড* শিং অসি এডভর্টাইজ তৌবদা হকচাং শোকহল্লি হায়বা ৱার্নিং তৌবা থেংনদ্রি। কম্পনিশিংগী হৈ-শিংবনবু ওইরবসু মবুকচেল শেংদবা লাল্লোং অসিগী মায়োক্তা নিয়ম শেমদুনা থিংফম থোকই।

অমরোমদনা হীদাকমনা থিংবা তাবদা খুৎশুমলদা হিংলিবা মীয়ামগী লাইবক করি ওইগনি হায়বনচিংবা অকনবা লোবী তৌবা থেংনৈ। পিএম ভাজপায়ি ফাউবা অতৈ মন্ত্রি খরগা লোয়ননা ৱাফম অসিদা য়ানির্ংঙ হায়। অদুনা থিংবগী মহুৎতা অতৈ ওলটরনেটিব পায়খৎপা য়াবা খন্ননীংঙ হায়। অদুবু ইং ১৪৯২ ওক্টোবর ১৫ দা খা আমেরিকাগী মী ওইশিংনা কলম্বসদা হীদাকমনা অকংবা অমসুং পান্থীসিং খুদোল তৌরকখিবদগী য়ুরোপতা শন্দোবকখিবগা লোয়ননা ইং ১৫৮৮ দা ভার্জিনিয়াদা লৈবা ডা. থোমাস হেরিয়েৎনা মশামক নাতোনগী কেন্সরনা নাদুনা শিগনি খঙদবনা হীদাক মনাবু চাং নাইনা শীজিন্নবা হৌদোকখিবনি। ইণ্ডিয়াদসু ১৬ শুবা চহিচাদা চঙলক্লুনা ডাক্তরনা পীবা পাওতাক্কী মায়োক্তা আকবর শাহনা চুরুট কোন্দুনা থকখিবা অমসুং মচানিপা জহাঙ্গীরনা ইং ১৬১৯ দা মদু থিংনবা হোৎনখিবা ওইনা টেক্স লৌখিবদু পনবা যাই। য়ুরোপকী কনটেক্সদা, ইং ১৬০০ দা হীদাক মনানা সনাগুল্লা তাঙলবা লল্লোনপোৎকী পোৎলম ওইরকপা অমসুং ইং ১৭০০ দা লল্লোনবা কম্পানিশিং অতানবা ওইনা থোরকাখিবগী মনুঙদা ঙসি ফাওবা মমিং লৈনা লল্লোল্লিবা ন্যু যোর্ককী *'লোরিল্লার্দ'* পনবা য়াই।

অসুম্না মখোয়না খল্লম্না অফবা ৱাখলশিং অদুনা মমৈদা ওন্ন-তৈনরক্কনি অমসুং অঙকপগী মশক ওইরবা হীদাক অসিগা নক্করুবশিংগী পুন্সি মাঙগনি হায়বসি মখোয়না খঙনা খঙনা মালেমগী মীয়ামদা মখোয়না নমথাক তৌরকখি। মসিদগী ওইবকপা য়াবা মহয়দি হীদাকমনা পান্থীনা লমদমসিগী লৈহাউ চুপহন্নিংদবগা লোয়ননা মরৌ লৈরবা পান্থী অসিগী মচলনা শাবা পোৎলমশিংবু (হীদাক নত্তবদা) শম্নদবা হায়বসিনা ঙসিগী খুনাইনা তৌফম থোকপা থৌদাং অমগুম ওইবক্লি। হন্দক চঙশিল্লিবা খোঙজং অসিমকনা মীয়ামগী থমোয়বু ঙম্না ওইদুনা জাতিগী ঈচেলনা মীয়ামগী লূ-তোং শীন্থুংনা চেনবা ঙমলক্কনি হায়না থাজৈ। অওনবা ঈহৌগী থাক অমদা কাখৎলক্লিবা খ্বাইদগী ৱাথোক লাম্থোক য়াম্না থেংনরিবা ঙসিগী মীরোল অসিনা মখা তানা চঙশিল্লিবা অশানবা মিৎয়েংগী পান্দম খরা ফংনবা হোৎনবদা মসিমক্কা জাতিগী অশেঙবা য়ুমফম অমদি ওইহৌরগনি। ❑

# আফসপাগী মরুমদা অরোনবা ?

পোলিটিক্স হায়বসি ঈ-নাই তানহন্দবা মখলগী লান অমনি, অদুগা লান হায়বসিনা ঈ-নাই তাহনবগা লোয়নবা পোলিটিক্সনি হায়বা মাউ-জে-দোংগী পাউজেলদু ইন্দিয়াগী কোক্তা চঙদে। বেদান্তগী ভারতনি হায়রিবা চীনগা খুৎকা মান্নদ্রবা ডিমোক্রেসিগী লৈবাক ইন্দিয়াগী পোলিটিক্সতি ঈ-নাই তাহনবা পোলিটিক্সনি, শেবাৎনরবা পোলিটিক্সনি হায়বসি নোংমা নোংমগী ময়েক শেংবা হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা শেবাৎনরবা ইন্দিয়াগী পোলিটিক্সতা লায়মীঙ ফজনা লৌখ্রবা ষ্টেট অসিগী মীওইশিংনা মীয়ামগী মীহুৎ (তশেংবদি নত্তবা) ওইনা চৎখ্রগা দিল্লিগী হায় কম্মান্দগী ঈঙ্গিত্তা খুৎনেক লৈঙাক ওইনা ইকায় ইকি খঙদনা লৈরকপা অসিনি। মসিগী মরম্না মপু ওইবগী ৱাখল্লোন মশক খঙলক্তবা অমদি মীয়ামগী ঈহুল কদায় য়ৌরে হায়বসি খঙলক্তবনা উচি মমৈ বিমনা চপ্পগী দষা হেক হেক নংনরি। মীয়ামগী মায়োক্তা লৈদুনা মফুরুপ মজাতিগী ইকায়খুম্নবা অদুবু মীতোপ্তা য়োম্হোক্তুনা চাখিবগী পাপ অদুনা ওইহল্লকপনি হায়বা য়াই।

য়েংবিয়ু, ঙসিদি মীয়ামগী ঈহৌসি পন্দোল লোম্লে। থাংজম মোনোবমা অমসুং জামখোলেট খোংজাইবু সেক্যুরিটিনি চিংনবশিংনা হাৎখিবগী চাক্লিবা মৈরি অসি লায়না মুথৎপা ঙমলরোই। আগষ্ট ১৫ ফাওবগী মনুংদা মচেৎ ওইনা নৎত্রগা মপূম ওইনা মণিপুরদগী ডিষ্টর্ব এরিয়া ষ্টেটস লৌথোক্লবগী মরীদা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী অশেংবা ৱারেপ লৌগনি হায়খ্রে। মসিগা লোয়ননা, ওপোজিসন এমএলএশিং অমসুং রুলিং এমএলএ, মিনিষ্টর খরনা আগষ্ট ১৫ ফাওবগী মনুংদা এক্ট অসি লৌথোক্লবদি এমএলএ ওইবা তোক্কনি হায়না অঙকপা মওংদা লাওথোক্লখ্রে।

ঙসিগী ঈহৌনা পন্দোল লোমখ্রিবা অসি কনানা থোকহনবনো হায়বসি তোয়না হংনরিবা ৱাহংনি। লৈঙাকপা লুচিংবা অমা ওইবগী হৌনবী থবক পায়খৎখিদবা অমদি, দিল্লিগী মবুংঙোশিংগী ৱাহৈনা অচাকপা মৈবীদা ঘী হৈজিনখিবনি। ডিমোক্রেটিক ওইনা, নন-ভাইওলেন্ট ওইনা চঙশিঞ্জরকপা খোঙজংদা মণিপুর পুলিস পার্সোনেলশিং মরু ওইনা পুলিস কম্মান্দো শীজিন্নদুনা তমথিনা ফুদৎহনখিবা, মীয়ামদা তমথিনা শোকহনখিবা অদুমক্তা থোকহনিংখিদ্রবা লম্থুম মাঙ-তাকপা হায়বদু থোকহনখিবনি। মমল য়ামখ্রবা পব্লিকী লোয়শঙ কয়া মণিপুরগী অশাউবগী মৈরিলক্তা উৎ ওলহনখিবগী দায়ত্বদি লৈঙাকপশিংগী ওইগনি। মমা লৈবাক মরমদমগীদমক্তা অঙন্বা করিনো তৌজগে হায়না খঞ্জবা নহারোলশিংনা তৌখিবনি, ফিভম্মা মখোয়বু তৌহনখিবনি। লৈবাক্কী মায়োক্তা লৈরবা পোলিটিসিয়ানশিংনা ফিভম অসি থোকহনখিবনি। মসি ঙাক্তনি ঈরাং

হায়বসি । লৈবাক নীংবা চিত্তরঞ্জন্না মসিদগী হেনবা মশা মতোমতা মৈ থাজখ্রিবদুনি। নুপীশিংনা ফি থোংদনা প্রোটেষ্ট তৌখ্রবনি। মদুগীদি চীফ মিনিষ্টরনা, মীহুৎশিংনা নুংঙাইতবা ফোংদোকপিখিবরা ? মদুবু মচিং মশোল্লা ? মরন্নাইগী ৱাফমলা ? ফরে, পব্লিক প্রোপর্ত্তিশিং মৈনা চাকখ্রে, মদুগী নুংঙাইতবসু ফোংদোকশি। তৌবদবু, আফসপাগী মরুমদা থোকখ্রিবা মীওৎ মীনৈ, মীশি মীনা, মীয়ামগী পুক্লিং ৱাখলদা অকি-অখঙ পীদুনা লাঙ্গোয় চলহল্লিবসিসু মুন্না খঙবিগদবনি।

অমরোমদা দিল্লি লৈঙাকপশিংগী ওইনদি ফিগৈ শেংখ্রে, মপাঙ্গুংবা লৈই অমা চিংখ্রে। লোইলম লৈঙাক ওইবগী হৌনবী নেসনেল ইন্টরেষ্টদা য়ুম্ফম ওইরগা *য়ুনিটি ইন দাইবর্সিটি* হায়বদু নৌহৌনা নীংশিংনখ্রে। ইন্দিয়াগী সেক্যুরিটিদা শোক্কদবা লৈরবদি মদুদা অৱাং নোংপোক্কী মীয়াম্না ভিক্তিম ওইবদা করিসু অকায়বা লৈতে হ ায়বদু উৎথোক্ল খ্রে। লোইলম লৈঙাক্কী লীক্লমচৎ ওইবনা ঙমখৈ লমদমদা চুম্না য়েংবা হৈতবা, কার্গিল ফাউবা শেংনা ঊবা হৈতবা ইন্দিয়াগী ইন্টিলিজেন্সনা লমদম অসিগী মীয়ামগী খোল্লাওবু লানহৌবগী খোল্লাওনি হায়রি। সিভিল রাইটস গ্রুপশিংদা লানহৌবনা ইনশিন্দুনা ষ্টেট অসিগী মীয়ামগী ওপিনিয়ন শেম্নবা ঈথিল পীবনি অমসুং আর্মিগী মায়োক্তা ঈরাং হৌবদা লোকেল পোলিটিসিয়ানশিংবু মীয়ামগী লৈইদা লৈহল্লি হায়বনচিংবা চার্জশিং অসি মণিপুবিশিংগী মায়োক্তা ইন্দিয়াগী লৈঙাকপশিংনা তৌবগা লোয়ননা ঈহৌসিবু অকনবা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা নমথনবা হোৎনরি। হৌখিবা জুলাই ২০ দা ইষ্টর্ন কম্মান্দগী জিওসি ইন-চীফ লেফটেনেন্ট জেনরেল জেএস বর্ম্মানা মণিপুরদা লাকখিবা খোঙচৎ অদুগী মতাংদা হায়খিবা "ঈরাং অসি য়ুজিশিংনা ইন-শিন্দুনা চঙশিল্লিবা খোঙজংনি অমদি আফসপা রিপিল তৌবসু য়ুজিশিংগী অপাম্বনি.." হায়না হায়রমখিবা শেবাৎনবা ৱাফম অদু নিও-কোলোনিয়েল লৈঙাক চত্থরিবা অমসুং মখা তানা চত্থবা য়ানবা ইন্দিয়াগী মিৎয়েংনি হায়বদু তাকপনি। মসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইন্দিয়াগী লৈঙাকপশিংনা আফসপাগা মরী লৈননা 'য়ুনিটি ইন দাইবর্সিটি' গী ফিরেপ লৌদুনা ইন্দিয়াগী ইন্টরেষ্ট শাগৎপদা লমদমসি বলিগী হামেঙ ওইহনবদা অকায়বা লৈত্রে হায়বনি। হোম মিনিষ্টর শিবরাজ পাটিলনা ঈহৌ অসিবু করেম্নদুনা হায়বদা নত্তনা ঐখোয়গী সিভিলাইজেসন অসিবুসু উশিত্তদুনা করেম কথায়নখ্রিবা অদুনি। "করিগুম্বা মতমদা মখোয়না লৈবাক অসিগী মীয়ামদগী তোঙান্না তোপ-তোপ্পা কলচর লৈজৈ হায়না খঞে। মফম অদুদা ট্রাইবেল সিষ্টেমসু লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী ৱাখলদা পূনশিনবগী মহুত্তা তোখায় তানিংবগী ৱাখল্লোন অমা মখোয়দা লৈবনি" হায়বা শেবাৎনবা ৱাফম অসি ইন্দিয়াগী হোম মিনিষ্টরনা মীয়ামবু মরাল শীদুনা হায়খিবনি। অসুক্কী মতিক জাৎ-কাঙলুপ নাইবা হীন্দু চৌভিনিজমগী ৱাখল্লোন পুরিবা লোইলম লৈঙাকপশিংনা চীন্দদি পোলিটিকেল সোলুসন হায়রগা থবক্তদি মিলিটরাইজেসন কেম্পেইন তৌদুনা নেসনেল সেক্যুরিটিগী ইন্টরেষ্টতা আফসপা মখা তানা শাংথনবা হোৎনবা ফিগ্রিনি।

পূন্নমক অসি আফসপাগী মরুমদা লৈরিবা ফিভমশিং অদুনা অৱাং নোংপোকপু বলিগী হায়েঙ ওইহন্নবা আফসপা মখা শাংথনবা ইন্দিয়াগী লৈঙাকপশিংনা হোৎনরকপনি । আফসপাগী মরুমদা অৱাং নোংপোক্কী লমদমবু 'দিবাইদ এন্দ রুল' তৌনবগী মরাং কায়রবা মচাক কয়া ফংহল্লি। লানহৌবা নমথবগী মিংদা 'আফসপা' থমজিন্দুনা হিংবগী হক, মীওইবগী হক মৎপীদুনা ইন্দিয়াগী নেসনেল ইন্টরেষ্ট শেমগৎপদা লৈহাউ কাহল্লি হায়বসিদি লাল্লরোইদবা ৱাফম ওইরে। খোঙথাং অসি খঙনা ঐখোয়গী লূচিংবা শাবশিংনা পোলিটিকেল ওইবা খোঙকাপ লৌদ্রবদি খুদোং থিবা পন্দোল লোমলক্লগনি। ❑

# লূ-হেনবগী ৱাহল্লোক

সেপ্টেম্বর-ওক্টোবর লোন্নরকপা অসিৱাইদা লূ-হেনবগী ওইবা থৌরমশিং পাঙথোক্লরকপা অসি চৎলিবা চহী ২/৩ অসিগী মরুওইবা শক্লোন ওইরক্লি। হন্দক্কী চহী অসিনা খরা হেল্লপনা চর্থারি। শক্লোন অসিমক্তি লময়ানবা ইরাবোতগী চহী ১০৭ শুবা কুমওনগী থিম অমা ওইনা চথবা উরি। কবিগুম্বদসু গান্ধীগী মপোক নুমিৎ ওক্টোবর ২ দা পাঙথোক্লিবা *'নেসনেল ক্লিনলিনেস ডে'* গা মরী লৈননা পাঙথোকপা যাওদবা নত্তে। তৌবদবু, মতমগী মতুংইন্না হোংলক্লিবা মীৎয়েং অদুমক হীরম অসিদা মযেক লানা তারি। পনখ্রিবা থৌরম অনী অসিগী তোঙান-তোঙানবা ৱাহল্লোক্লা থৌরম অসিদা মশেক-মঙাল পীরবসু, জাতিগী থাক্তা পীক্তক্লা পাঙথোক্লম্বা থৌরম অসিদগী ঙসিগী মালেমগী থাক্তা চাংদম্নবা মতম লাকপগা লোয়ননা মালেমগী পাক চাওখ্রবা মীৎয়েংদা পংথোকপা হায়বসিনা অপাম্বা ওইদুনা চথনবগুম তৌরি। শুপচিন্না হায়রবদা, পূন্নমক অসি মতমগী অওনবনা লাকখিবগা লোয়ননা মালেম অসি পীকশিল্লকপগী অমসুং মালেমগী থাক্তা চাংদম্নবা হায়বদি, *'গ্লোবেল কম্পিটিসন"* কনখৎলকপগী মহৈনি। অদু ওইরবদি, মতাঙ অসিদা মালেমগী মচী অমগী চীংলোন্না পল্লোন শারবা লেন্দলোক ওইরবা লমদম অমা ওইদুনসু ঐখোয়গী পুক্সিগী খোঙথাং খূদিংমক্তা গ্লোবেল কম্পিটিসন অসিদা শরুক য়াদুনা অমদি ৱাখল্লোন অসিবু কাওথোকপা তৌদনা মালেমগী ওইবা মীৎয়েংদা হীরম খূদিংমকপু য়েংফম থোকই, মদুগী ৱাহল্লোক পীফম থোকই।

লূ-হেনবগী থৌরম অসি ইণ্ডিয়ানা নীংতম্বা হেক ফংবদগী চথরকপা নেসনেল পোলিসি অমা ওইনা ওক্টোবর অনীদা *'নেসনেল ক্লিনলিনেস ডে'* হায়না পাংথোক্তুনা লাকখিবনি। মসিগী ৱাহল্লোক অসি মতমদুগী ইণ্ডিয়ানা য়াম্না লুনা লৌনিংঙাই ওইখি।

কান্নবসু ওইখি। তৌবগীদি নেসনেল লেবেলদা, মালেমগী মীৎয়েং নত্তবদা। করিগুম্বা হীরমসিদা হকচিন্না লৌদুনা মালেমগী মিৎয়েংদা লূ-হেনবগী খোঙথাং অসি পায়খৎলম্বা তারবদি, অমসুং পোলিসি অমা ওইনা তশেংনা চত্থরম্বা তারবদি, ঙসিগী মতমদা হীরম অসিবু লায়থোক্লরক্লিবা অমদি নোংমা নোংমগী অমোৎপনা ইণ্ডিয়াগী নুং-পানবু কুপশিল্লক্লিবা অসিদগী খরমখৈদি শাফরমগনি হায়বা য়াই।

তশেংনা হায়রবদা, ইণ্ডিয়া অসি লায়রবা লৈবাক ওইবনিনা অমোৎপা লৈবাক ওইদুনা লাকখিবনি। মমাংঙৈদগী হৌনা মোত্তুনা লাকখিবনা ইণ্ডিয়াগী খুনাই অমদি ইণ্ডিয়াদা পোকপা লাইনীং-লাইশোলদা অমোৎপনা লাঙ্গোয় চন্দুনা লৈরি। ইণ্ডিয়াদা পোকপা ললোন-ঈতক্কী এজেন্সি, কম্পনিশিং ফাওবা ট্রান্সনেসনেল অমদি মল্টিনেসনেল কম্পনিশিংগী অমোৎপা হৈদোকফম 'দম্পিং গ্রাউন্দ' ওইদুনা লৈরিবা অসিনি। অমোৎপা অসিনা ইণ্ডিয়াগী লূ-তোংদা য়াওরকপা মরমনা ঙসিদি মদুনা ইণ্ডিয়াগী মশকপু নোংমা নোংমগী থীহল্লক্লিবা অসিদগী কন্ননবা অমত্তা ঙায়রবা মীৎয়েংদি মালেমগী মীৎযেংদা লূ-হেনবগী থবক পায়খৎপা অসিনা ওইগনি।

লায়ববা হায়বসিগা অমোৎপগা লৈমিন্নবা অসি হৌনশানি। অমোৎপা অসি লায়রবগী শিম্বোলনি ইণ্ডিয়াগী মীশিংগী মনুংদা চাদা ৮০ খুঙ্গংদা লৈ হায়বদি চাদা ৮০ লায়রৈ, মোৎলি হায়বনি। মসিগী মথক্তা সহরগী মতাই অমদি ময়োলদা স্লমদা লৈবা কয়া অমা য়াওরি। মখোয় অসিদি অমোৎপদা চূশীন্নগ্রবনি, হায়বদি *ডার্টপিপল* ওইরবনি। লূ-হেনবগী কন্সেপ অসিদা মখল অহুম লৈরিবা ঃ *ক্লিন পিপল, ডার্টি পিপল, ডার্ট পিপল* হায়বসিগী অকোনবা শাগৈনি। শম্মা হায়রবদা ইণ্ডিয়াগী লৈঙাক খুনাইগী মশক্তি বিহারদা য়েংউ হায়নরিবনি। বিহার হায়বসিমক ইণ্ডিয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী লায়রবা লমদম ওইরি, হায়বদি খ্বাইদগী মোৎপা লমদম ওইরি, *চেম্পিয়োন ওফ ইণ্ডিয়াজ ডার্ট* হায়না খঙনরি। মখোয়না লায়রমনবদগী শঙ্গু শঙ্গু চেম্থোরক্তুনা অৱাং নোংপোক লমদমদা লৈরি মুশুক মুরগা ফুৱাওননা সহরগী স্লমশিংদা লৈরি। মোৎলগা ৱাওরবদি বীহারীনি খঙঙু হায়নরি।

গান্ধিবু খুদোল তৌখিবা গুজরাত ষ্টেট অসিমক শাথীনা মোৎপা লমনি। শাষনগী শঙ্গোলগা মীগী হীপফম চাফমগা পূল্লিবা অমদি মখল-মখাগী লায়না পোক্লফম লমদমনি। মপাম্থোঙদা মোৎপা অসিদা নত্তনা লাইনীং-লাইশোল খুনাইগী চৎন-লীচত্তা শাথীনা মোৎপা হায়ববু, অমাং-অশেঙগী চাং অসি নোংমদোল য়ৌনা ৱাংবমুক কাংলুপ নাইবদা মালেমনা শীংথানরিবা লমদমনি। অমোৎপনা ক্লাইমেক্স য়ৌখিবদগী এন্টি ক্লাইমেক্সকী গান্ধি থোরকখিবনি, জেনেভা নৎত্রগা ইম্ফালদা কৈদৌনুংদা গান্ধি পোক্লমলোই। মীহাৎ-মীপুনগী মকোল ওইরবা বিহারদা অংগুলিমালা পোকখিবনি, বুদ্ধিজম থোরকখিবনি। ক্লাইমেক্স অমসুং এন্টিক্লাইমেক্সকী তৎন-থানবা য়াদ্রবা খোঙচৎকী শরুক অমনি। মরম অসিননি, ইণ্ডিয়াবু শাগৎলিবা লমদমশিংগী মীয়াম অমসুং খুনাইশিং অসি মালেমগী মনুংদা খ্বায়দগী চাওখত্তবা, মবুক চুমদবা অমসুং চিহৈ নাইবা ওইদুনা লাকখিবনা ঙসি ফাওবা কাংলুপ লান মৈমুৎত্রিবা অসিনি অমদি অৱাং নোংপোক্তা

মসিগী মৈরী থোক্না চান্নকপা য়াবা মৈখু থোকহল্লিবা অসিসু মসিগী শরুক অমনি হায়বা য়াই। ইণ্ডিয়াগী খুনাই অসিদা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শুদ্র হায়না খায়দোক্নুনা কাংলুপ অমনা অমবু তুহৎনবা হোৎনবা, নুংশিনদবা, তুক্কচনবা, থাজনদবগী মরূ হুন্দুনা লাকপা ওইনা তৌরিবা অসিনা ময়েক লারবা খুদমনি। শম্না হায়রবদা, লৌউ-শীংউবগী লৈবাক অসিদা খরনা ব্রানা শুরগা খরনা শৃংশু-শৃদনা মতোঙ চানবা হোৎনবগী কাংলুপ নাইবা ধর্ম্মনা পুনবা লমনি। অসমনা লৈঙাক্লোন, খুনাইলোনগী অমোৎপা অসিনা খুনাইগী খুর্জি পায়দুনা লাকখিবনা ঙসি ফাওবদা লূ-হেনবগী পাউজেল শন্দোক্লিবা সহরশিং অমোৎপগী মকোল ওইদুনা লৈরি। গান্ধিবু ইকায়খুম্নজে হায়রিবা ইণ্ডিয়াগী অৱাংবা মহৈকোল য়ুনিভর্সিটিশিং ফাওবা মখোয়গী কেম্পসশিং অদু অমোৎপনা মখোয়গী মশক লেপলি। অসুমনা হায়রিবা অমোৎপা অসিনা ইণ্ডিয়াগী কলচর ওইখিবদগী মখোয়গী লূ-তোংগী ঈচেলদা অমোৎপগী ঈচেল চেন্থখি। ইণ্ডিয়াগী মীদা নত্তনা লাই ফাওবা চহী খুদিং পাপ তৌরবস নোংমা ফাদোক হায়জরুবদা কোকথোক-চামথোক্লি। মসি য়ৌনা শাথীরক্কুনা অমোৎপা অপুম্বনা মায়কৈ খুদিং লাঙ্গোয় চনশিল্লক্কুনা ক্লাইমেক্স য়ৌশিল্লক্লবদা লূ-হেনবগী ঈহৌ ওইবা ক্লীনলিনেস ড্রাইব অমা চথবা মথৌ তারি।

মণিপুরগী ওইনদি হীরম অসিদা য়াম্না মওং তাবা খুনাইগী থৌশীল অমা লৈজরকপদু নীংশিংবা য়াই। চহী খুদিংগী চৈরাওবা নুমিত্তা লূ-নানবগী থৌরম পাঙথোক্কুনা লাকপদা নত্তনা লৈবাক্কী (ষ্টেটকী) ওইবা পোলিসি অমা ওইনা ঈরম খোংলম, তীল্লম লাইরম য়েংনা য়ুস্ফম থোন্দুনা য়ুমশা-কৈশা চথরকপগী পূৱারী লৈজরকই। *'তৃতেংলোন'* হায়বা লাইরিক অসিনা লূ-নানবগা মরী লৈনবা কংলৈ পুন্সিরোন্দু উৎলি। খ্বাইদগী কাওবা ঙমলোইদবদি, মীহৌরোলদগী হৌনা চৎনরক্লিবা য়ুমশা-কৈশা, য়ুমলৈ-কৈরৈনচিংবা লূ-নানবগী কংলৈ চৎন-লীক্লম নাৎ অসিনি। ঙসিমক ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি মহীং অসিমক লূ-নানবগী মীৎয়েংগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা পুন্সিরোলনি। হায়নরি, ইমুং অমগী মশক য়েংগে হায়রবদি ইমুংদুগী পুখ্রি-থোঙ্গান্দা য়েংউ। লৈকায় অমগী মশক য়েংগে হায়রবদি লৈকায়দুগী পুখ্রিদা য়েংউ হায়নরি। অদুননি, মীতৈ খুনাইদা য়েলহৌঙেদগী হৌনা লূ-হেনবা অসিবু ফিদম অমা ওইনা লৌনরক্লিবা অসি। লূ-নানবা নুপা-নুপীবু মহৌশাদগী হৌনা পাম্নরকই, নিয়ম পামজবা মীওইগুমনা লৌনরকই। লায়রজরবসু মশা নানজৈ হায়রবদি ইমৌ-ইমাক ওইনিংবা অমসুং মোৎলগনা পংতক শুদক তৌই হায়দুনা ময়ুম পানবা শীৎনরমলিবনি। ঙসিগী অর্বানাইজেসনগী নুংশিৎনা পুখ্রি-খোংবান ফুনবা হৌনরক্লবসু ঈরম-খোংলমদি লাইরমনি হায়না লৌনদুনা ইপা ইপু হাক্তক্তগী হৌনা চথরকপা লূ-নানবগী থৌশীল অদু ঙসিগী মীরোলগা নীংথীনা শম্নরি।

মতাঙ অসিদা পন্দবা য়াদবদি, লূ-নানবগী কনসেপ্ট অসি মপান্থোংদদা নত্তনা নুংগী ওইবা মশক অসিবু উনবা হোৎনবগা লোয়ননা মালেমগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংনবা হোৎনবা অসিনি। হায়বদি, মীওইবগী মপান্থোংগী ওইবা হকচাংবু তরু তনান্না থম্বগা লোয়ননা শেৎ-ইল্লিবা ফিরোল অমদি চাব-থকপদা তরু-তনান্না চা-থক্কুনা পুন্সিগী

খোঙথাং খুদিংদা চৎন-লীচৎ (কলচর) অমা শেম্বা অসিমক লূ-হেনবগী পান্দম ওইগনি। ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিং তরু-তনান্না থমদুনা মীওইবগী নুংগী ওইবা মচৎশিংবু লূ-হেন্না লৈনবগী অমসুং মদুনা পুক্সি মহীং অসিগী ব্রাহম্মোক লৈনবা হোৎনবা অমনি। হায়বদি, মীওইবগী নুংগী ওইবা মশকশিং অসিবু ফংনবা হোৎনবগী অমত্তা ঙায়রবা পাম্বৈদি মপানগী ওইবা শক্লোনশিং অসিবু লূ-নান্না থম্বা অসিনি। অমুকসু নুংগী ওইবা মশাগী শক্লোন অদুবু শেংদোকপনা মপান্থোংগী ওইবা শক্লোন অদুবু মপূঙ ফাহল্লি। অদুবু হীরম অসিদা লূ-নানবা পাম্বা জর্ম্মন অমদি ইসলামনচিংবগা খেৎনবা লৈ। তোয়না ঈরুজদ্রবসু নুংগী মশকপু শেংহন্নবা হোৎনরিবা কনসেপ্ট খরনা ব্রাফমসিবু য়ানিংদে। মতাংসিদা ব্রাহং হংলকই ঃ "নহাক্না শিরবা মতমদা নহাক্কী য়ুম অদু কয়ামুক লূ-হেন্না থম্বা ঙমগদগে? অদুগা মীওইবনা মপান্থোংগী ওইবা লূ-নানবগা মতম খুদিংমক্তা লৈমিন্নবা ঙমদ্রিবা হায়বদি লূ নানবা হায়বা অসিখক্তংগা লোয়নননা মীওইবনা মদোম হিংবা ঙমদ্রিবা অসিনা করিগীনো?" ব্রাহংশিং অসিনা মালেমগী মীওইবগী মরক্তা অমগা অমগা লাপথোক্লবদু উহল্লি। মতৌ অসুমনা, লূ-নানবা হায়বসি চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী মীৎয়েংদা মীয়াম্না কন্না পাম্নবা কলচরেল ভেল্যু অমা ওইনা লৌনরক্লবসু লূ নানবগা লোয়নননা য়ানশিন্নখিবা লীচৎ-শাজৎ হায়বদি লূ-নানবগী ওইবা ব্রাহম্মোক অসি মালেমগী মীয়ামগী মরক্তা মান্নদবগী মীৎয়েং শেংনা লৈরি। খুদম ওইনা, হিন্দু ব্রাংউলোনগী মতুংইন্না ঈরুজরগা শেংবগী, পাপ কোকপগী ব্রাফম লৈরি। কুম খুদিংগী কুম্ভ মেলা পাংথোক্নুনা মীনম্বা ঙাঙলিবা, হুরাল্লিবা, পাপ তৌরিবা মীওইশিংবু কোকথোক-চামথোক্লি হায়না থাজনরি। ঈরুজবা হেক কারকপগা অমুক হন্না পাপ তৌদুনা মথংগী কুম্ভ মেলা ঙায়রি। তুরেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা তুরেলবু অথোইবা ওইহন্‌দুনা চিহৈ নাইবা অমোৎপনা ইণ্ডিয়াগী খুনাইগী মশক তাক্লি।

অদুগা ঈশিং তাঙবা মফমদা পোকখিবা ইসলামগী মতুংইন্না চয়োল অমগী ইরাই নুমিত্তা নৎত্রগা, অতৈ কুশ্মৈ নুমিত্তা অমুক্তং ঈরুজদুনা শেংহনবা য়াই হায়না *অহাদিথ* অমদি *সারিয়াগী* লাইরিকশিংনা *টহাবাহ* (লূ নানব) গী নিয়ম য়াৎলি। মুসলিমশিংনা নোংমদা মঙারক লাই খুরুম্বা মতমদা, চরা হেনবদা, হর্জ্জ চৎপা মতমদা সেগ্রাক অমদি ফিনুংগী শম কক্নুনা, খদাঙ কোই চাং চানা খাক্নুনা লূ-নানবগী থবক চখৈ। ইসলামগী খোঙলোয়শিংদা হোলি কুরান্না *"নখোয়গী ফি-রোল লূ-নালহল্লু, লূ-নানবা মীওইশিংবু অল্লানা নুংশি"* হায়রদুনা খোঙলোয়শিংবু পার্সনেল হায়জিন তৌহনবগা লোয়নননা লূ নানবগী থৌওং চথহল্লি। ইসলামগী অকনবা শাফৃদি, নুংগী ওইবা লূ-নানবনি হায়বদি, ব্রাখল পূক্লিংদা অমসুং থম্মোয়দা লূ-নানবা অসিনি। মপান্থোংগী ওইনা চথরিবা লূ-নানবগী থৌওং-থৌদা অমসুং লাইনিং লাইশোলগী হৌন-চৎনবীশিং অসিনা ইসলাম লাইনীংগী খ্বাইদগী অরোয়বা পান্দম ওইরিবা মীওইবগী নুংলোনগী ওইবা মমল য়াম্লবা লূ-নানবা অসি ফংননবা য়ুম্ফম থোনবগী থবকনি হায়বা অসিনি।

অদুবু লু-নান্না থম্বদা শম কোই ককথৎপা অমদি মহৌশাগী মনম্বু তুক্কচনা লৌবা অসি চৎনবী নাত্তা চৈফু পীরকপা *'কলচরেল শোক'* নি হায়না মালেমগী মীয়াম্না ঙসি লৌনরক্লিবা অসিমক কংলৈ খুনাইনা য়োকখৎচরক্লিবা ব্রাংউলোন্নি। মোইরাং কংলৈরোন্দা লমজা খম্বনা মুক্না কাঙজৈ অমদি লমজেল চেনবদা থোরকপা মহাক্কী হুমাং মনম অদু অকনবগী অমসুং মগুণ লৈবা মীগী মনমনি হায়না জাতিগী লূ-তোং শাগৎলিবা, ঈচেল চেলহল্লিবা অশৈবশিংনা শৈথারি। লোক্তাক ঙানৈবদা মজা ইবেম্মা থোইবীগী হুমাং মনমবু তানজা কায়না হি হোন্দোরক্লিবা লমজাগী নাতোন শুমাঙদা য়ৈহল্লি। মতৌ অসুমনা কংলৈ পুন্সিরোলগী লূ-নানবগী লীক্লম অসিনা *পোজিটিব কলচরেল ভেল্যু* ওইনা লাকখিবা ব্রাংখ্রবা থাক অসিবু নৌহৌনা নীংশিংবগা লোয়ননা ঙসিগী মতমগী ঈচেলগা মরী শম্নহনবা তঙায়ফদ্রে। লূ-নানবগী কনসেপ্ট অসিগা লোয়ননা লেপ্পা লৈতনা মালেমগী থাক্তা হোংলিবা অনৌবা ব্রাহ্ম্লোকশিং অসিনা ঐখোয়গী লূ-তোং অমসুং ঈগী ঈচেলদা তিলহল্লবদি হেন্না মতীক চাবা মীরোল পুথোকপা শোয়দনা ঙমগনি। ❑

# মতমগী এডুকেসনগী ঈহৌ

এডুকেসনগী ব্রাহ্ম্লোক অসি ওম্লোক্না পাক-চাওখ্রে। ঙসিগী মতমগী ওইবা ব্রাহ্ম্লোক্না হেন্না পাক-চাউথোরক্লি। এডুকেসন হায়বসি লাইরিক তম্বা চৎপা নৎত্রগা, পরিক্ষা ঙম্বগী ব্রাফম ঙাক্তা নত্তে অমসুং মহৈরোয় মশামকপু চাওখৎহনবদা নত্তনা লৈবাক্কী চাওখৎহনবদা মসিনা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং লৌরি হায়না ইচম-চম্না হায়রম্বা মতমদা ঙসিদি এডুকেসন হায়বসি অপূনবা খুনাইগী চাওখৎপগী শক্তম উৎলিবা খুৎলায় ওইরি। লৈবাক অমগী মনুঙদা অনকপা অমসুং অরাপ্পা লমদমশিংদা চপ মান্ননা এডুকেসনগী মঙাল য়ৌদ্রবদি খুনাইনা পমলিবা অহোংবা অদু পীদবনা মদুবু মতমগী এডুকেসননি হায়বদা য়ানিংদ্রি। ফিবমশিং অসিদগী তুংকোইনা অফবা মায়কৈদা পুরক্রবা এডুকেসন সিষ্টেম হায়বা কয়াৎ অমা হিংলকই। মদুবু খুনাইগী ওইবা শেন্নুমগী অমসুং অকোয়বগী ফিবমনা মওং মতৌ য়াৎলি, ময়েক শেংবা ব্রাহ্ম্লোক পীরি। লুরিবদি, সিষ্টেম অদুনা হোংবা মতমদা খুনাই অদুসু হোংঙি অমসুং খুনাই অদু হোংবা মতমদসু সিষ্টেম অদুসু হোংঙি। মরম অদুনা খুনাইগী শক্তম ওইরিবা মচাকশিং অদু মুন্না খঙনবা হোৎনবগী মরুওইবদু এডুকেসন্দা লৈবগা লোয়ননা সিষ্টেম অসিনা খুনাইবু অফবা মায়কৈদা হোংহন্নবগীদমক্তা মদুবু নিয়ম চুম্না থমদুনা অফবা থাক ওইনা থমগদবনি হায়বসি ঙসিগী এডুকেসনগী অচেৎপা পান্দম ওইরক্লি।

মণিপুরদা এডুকেসনগী অহোংবা পাম্বগী ব্রাফম খরা লাকখ্রে। হোংনিংবগী অশেংবা মশক অদু ফংবমক ঙমদ্রবসু আসা তৌরিবা মমায় অদুদি তশেংনা উনখ্রবগুমনা

মদু ফংনবা মায়কৈ কয়াদগী চঙশিন্নরক্লি। অখণ্ড অহৈশিংগী মায়কৈ কয়াদগী চঙশিন্নরক্লি। অখণ্ড অহৈশিংগী মরক্তা খরনা মতম অমদা মশা-মশাগী মিৎয়েংদা লাইরিক ইবা মতমদা অৱানবা ইনফোর্মেসন পীদুনা অনৌবা মীরোলবু লান্না লমজিংলুবা তাংকক খরদা থোকখ্রবসু ঙসিদি মীয়াম মশামক্তা পুৱারী ইজরবা মতমগী মরৈবাক নুংশিজবশিংনা অমসুং খুনাইগী লুপশিংনা মতমগী ওইবা এডুকেসন ফংনবা হোৎনরি। মহৈরোয় খুনাইনা থোরক্তুনা এডুকেসনগী মায়ওন পীনবা সেমিনার, ৱার্কসোপনচিংবা পাঙথোকপগী শীঙথানিংঙাই ওইবা ৱাফমশিং লৈরি। লমদমসিদা মতমগী ওইবা এডুকেসননা থেঙনা লাকখিবা অমসুং মসিনা খোঙহৌ তপমনবনা মণিপুরী জাতিগী চাওখৎ-খোঙথাঙসু য়াম্না তপখি। লৈবাক অসিগী মশাগী মহৈ-মশিল তম্বগী য়েলহৌ নিয়ম লৈজরম্লবসু মতমগী মঙালনা য়ৈবা ফংখিদবা মতম শাংখিবনা লৈবাক্কী অফ-ফত্ত নৈনবদা মীচম মীয়াম্না মুন্না মশক খঙনা শরুক য়াবা ঙমখিদে। অদুবু ১৯ শুবা চহিচাদা বৃটিশ মচাশিং চঙলকখিবগা লোয়ননা নোংচুপলমগী মহৈ মশিল তম্বীবগী নিয়ম অদুনা খুনাই অসিবু অহোংবা পীখিবদু য়াম্না মরুওইবা তাংককনি।

ইং ১৮৭২ দা অহানবা ফোর্মেল স্কুল ওইনা মতমদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবা মেজর জেনরেল দব্লিউ ই নাথোলনা ইংলিস লোন্না তম্বীবা প্রাইমারি স্কুল অমা হাংদোকখিবা অদুদগী হৌনা এডুকেসনগী পুৱারী হৌরে। লমদমসিগী মীয়াম্না নীংতম্বগী হক মাঙখিনি খন্না চিংননা য়েংবদগী স্কুল অদুগী মথৌ তৌবা ঙমখিদে। ইং ১৮৮৫ দা সার জেমস জোনষ্টোন্না মহারাজ চন্দ্রকৃত্তিগী অয়াবা লৌদুনা ইংলিস মিডল স্কুল অমা ইম্ফালদা লিংখৎখিবা অসিনা মণিপুরদা ফোর্মেল ওইবা এডুকেসন লৈনবগী যুম্ফম থোনখিবনি। ইং ১৮৯১ গী এংলো মণিপুবী লান্না মরম ওইদুনা প্রাইমারি এডুকেসন শন্দোকপদা খুরৌ থাংলুরবসু ইং ১৮৯৩ দগী হৌনা এলপি স্কুল খরা হাংদোকখিবা অমসুং ইং ১৯০৬-০৭ দদি এলপিনা মশীং য়াম্বা প্রাইমারি স্কুল ৬০ (চীংদা ৮ থারগা) লিংখৎখিবা, জোনষ্টোন এমই স্কুলনা ক্লাস এইট ফাওবা অপগ্রেড তৌখিবা অমসুং ইং ১৯৪৬ দা দিএম কলেজ লিংখত্তুনা মণিপুরনা হায়র এডুকেসনগী মরুওইবা খোঙকাপ লৌবগী মতাঙ য়ৌরকখিবা অসিনা জিপি ৱিমেন্স কলেজ, পিজিটি কলেজ অমসুং পোষ্ট গ্রেজুয়েটকী জেএন য়ুনিভর্সিটি লিংদুনা ইং ১৯৮০ দা এময়ুদা মর্জ তৌহন্দুনা হায়র এদুকেসনগী লমজেল য়াঙশিল্লকখ্রে। অসুম্না ইং ১৯৪৭ দা প্রাইমারি স্কুল ২৭৮, মিডল স্কুল ১৩, হায়স্কুল ৬, কলেজ ১ লৈরম্বদগী ইং ১৯৯১ দা প্রাইমারি স্কুল ৩২২৫, জুনিয়র হায়স্কুল ৬৮৭, হায়স্কুল ৩৯৪ লৈরে। ইং ২০০২ দা প্রাইমারি স্কুল ২৫৭৩, জুনিয়র হায়স্কুল ৭৯৬, হায়র সেকেন্দরি স্কুল ৬৫৯, য়ুনিভর্সিটি অনী অমসুং গবর্ণমেন্ট কলেজ ২৫ লৈরক্লদুনা এডুকেসনগী ঈহৌদা খোঙজেল কনখৎলকখি।

অদুবু চহি ২০০০ গী চাওখৎপগী পুৱারী মনুঙদা লমদম অসিগী এডুকেসন সিষ্টেমগী মথৌ তাবা থৌশীল পূম্বা শীজিন্নবা হৈরক্তবনা এডুকেসনগী লীশাং শীংপা পান্দম অদু ফংবদি লায়রদনা মনাক ফাওবা নকশিনবা ঙমলুদ্রি। খুনাই অসিনা ওইনিংলিবা অফবা থাক অমসুং আসা তৌরিবা চাওখৎপগী থাক অদু ফংনবা ওইথোকপা য়াবা থৌশীল চথববু এডুকেসন সিষ্টেম কৌফম থোকপনি। অদুবু লমদমসিগী খুনাইগী ওইবা, নাৎকী ওইবা অমদি শেনমিৎলোনগী ওইবা অকোয়বগী ফীভমদা য়ুম্ফম ওইরগা এডুকেসন সিষ্টেমগী লম্বী য়াৎপা ঙমদনা লৈরকপসি য়ামদ্রবদা মমাঙগী চহি ইং ২০০১-০২ ফাওবদি ওইগনি। খোঙকাপ অসিমক ঙসি লৌবা তারকপদা লমদমসিগী মীয়ামগী হৈ-শিংবগা লোয়ননা নেসনেল ওইবা এডুকেসনগী খোঙথাঙগী মখা পোল্লকপা অসিনি।

ইণ্ডিয়ানা নীংতম্লবা মতুঙদগী হৌজিক ফাওবদা এডুকেসনগী নেসনেল পোলিসি অনী লৈরক্লি। *কোথারি কম্মিসন* হায়না খঙনবা ইং ১৯৬৪-৬৫ গী এডুকেসন কম্মিসন্না রিকম্মেন্দ তৌখিবা অমদা, ষ্টেট গবর্ণমেন্ট অমসুং লোকেল ওথোরিটিশিংনা এডুকেসনগী থৌশীলশিং চৎননবা ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা নেসনেল পোলিসিগী ৱারোল থোক্কুনা লমজিংগদবনি হায়বসিনি। ইং ১৯৬৭ দা এমপিশিংগী কম্মিটি অমা শেমদুনা নেসনেল পোলিসি শেম্নবা থৌরাঙ তৌখিবা অমসুং ইং ১৯৬৮ দা ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা এডুকেসনগী নেসনেল পোলিসি শেম্নবা ৱারেপ লৌখিবা অদুনা ইং ১৯৮৬ কী ন্যু পোলিসিগী য়ুম্ফম ওইখি। ইং ১৯৮৬ কী পার্লিয়ামেন্ট বজেট সেসন্দা *নেসনেল পোলিসি ওন এডুকেসন (এনপিই)* পুথোকখ্রবা মতুঙদা *এনসিইআরটি* না ইং ১৯৮৮ গী ফ্রেমৱার্ক ওইরিবা এলিমেন্টরি অমসুং সেকেন্দরি এডুকেসনগী নেসনেল করিকুলম পুথোকখি। ক্লাস ৱানদগী আইট ফাওবগী লাইরিকশিং, সিল্লেবস অমসুং করিকুলম অদু ঙসিগী *এসসিইআরটি* ওইগদৌরিবা *ষ্টেট ইনষ্টিট্যুট ওফ এডুকেসন (এসআইই)* না শেমদোক্কুনা এনপিই- ১৯৮৬ অমসুং পিওএ-১৯৮৬ না মপুঙ ওইনা পামলিবা থৌরাংশিং পায়খৎপা হৌখিবনি।

অসুমনা ইং ১৯৮৯ দা ডাইরেক্টরগী মখাদা *এসসিইআরটি, মণিপুর* লিংখৎতুনা এডুকেসনগী থাক খুদিংদা *মিনিমম লেবেল ওফ লার্নিং (এমএলএল)* হৌদোকখি। মসিদা য়ুম্ফম ওইবা করিকুলম অমসুং সিল্লেবস অদু এসসিইআরটি মণিপুরনা লোনশিংগী টেক্সবুক্তা, ইনবাইরনমেন্টেল ষ্টডিজ, অঙ্ক অমসুং ভেল্যু এডুকেসন্দা চত্থরকখি। *রিমেদিয়েল টিচিং* গী পান্দমনা নম্না য়াউবা *সিসিই (কন্টিন্যুয়স এন্দ কমপ্রিহেন্সিব ইভাল্যুয়েসন)* গী মওংদা ইবা টেক্সবুকশিং অদু ইং ২০০০-২০০১ স্কুল সেসনদগী হৌনা চৎনখিবনি।

*নেসনেল পোলিসি* ১৯৮৬ গী অয়াবগী মতুংইন্না ষ্টেটসিগী ডিষ্ট্রিক্ট ৯ দা *ডিআইইটি (দিষ্ট্রিক্ট ইনষ্টিট্যুট ওফ এডুকেসন এণ্ড ট্রেনিং)* লিংখৎকদবনি অমদি ডিআইইটি মঙাদা *প্রি-সার্বিস* অমসুং *ইন-সার্বিস ট্রেনিং কোর্স* চত্থগদৌরিবা অমসুং অতৈ ডিষ্ট্রিক্ট মরিদা সেন্টরগী অয়াবা লৌরগা চত্থরক্কনি হায়বা ৱাফম লৈরি। হৌখিবা চহিগী ওক্টোবর ২৫-২৬ দসু এডুকেসনগী মরীদা সেমিনার অমা পাঙথোকখিবা, মদুদা লমদমসিগী অখঙ-অহৈশিং

অমসুং মীয়াম্না শরুক য়াখিবদু থোইদোক্লা শীঙথাবা য়াই। লাইবক থীবদি, টেক্সবুকশিংদা অরানবা কয়া অমা য়াওবদগী নীংবা কায়নরে। অদুবু লাইরিক্তা লানবা অসি মতুংদা অমুক হন্না থোক্তনবা হোৎনবদা করম্না মিৎয়েং থমদুনা চত্থরিবগে হায়বগী ৱাফমনা খুনাইসিগী তুংগী লীশাংশিংপা অশোয়-অঙাম থোক্তনবগী খোঙচৎ অমা চৎপগী খোঙহৌফম ওইগনি। মতুং তারকপদা অসিগুম্বা অশোয়বশিং অমসুং মহৈশিং অসিদা খুনাইগী থৌরবা মিৎনা তোয়না তোয়না য়েংশিন্দুনা হোংলক্লিবা মতমগী ৱাহম্বোকশিংগা চান্ননা থাংবা খোঙথাংদুনি, ভেল্যু এডুকেসন্না পামলিবদুসু। ❑

# হরাও কুম্মৈনা চাহৎলবা খুনাই

মেরা লাকপদগীদি ঐখোয়গী হরাউ-কুম্মৈ অমুক হৌরে। ঈথক ঈরাং পাম্বা লমদমদা খুনাইগী, লৈঙাক্লোনগী, শেনমিৎলোনগী ওইবা অরুবা ৱাফমনা মকোন শাবা তাবনি। লৈবাক লাঙবা তাবনি। অপূনবা খুনাই অসিনা পাংদিং মান্ননা অমত্তা ওইনা অফবা অচুম্বা মায়কৈদা চঙশিনবা হায়বসি করম্না ওইথোক্কনি। ঙসি ঙসিমক খুনাই অসিগী মাঙদা তারিবা শীঙনবা কয়া অসি মীয়াম পূন্না থেংনরি হায়না লৌরিবনি। লৈবাক্কী অপূনবা শক্তমগী, ঙমখৈগী, সেক্যুরিটি ফোর্সকী মীওৎ মীনৈগী, লমদমসিগী চনুরাশিংগী ইজ্জৎ তেমশিংনরকপা অসিনচিংবা কয়া অমা লৈবাক মীয়াম হুপ্না থেংনরিবনি। অসিগুম্বা শীংনবা কয়া অসিবু থেংনবদা মশাগী শিন্থা ওইনা চোংথোরক্কবা সোসিয়েল এক্টিবিষ্ট কয়া অমদি লাল্লোয়গুম্না চোংথোক্নরক্কবনি। হায়রিবা প্রোব্লেমশিং অসিনা করিগুম্বা চেকশিলহৌদবা মীৎকুপ্তা লৈবাক ঈরাং থোকপা য়ারিবনি। অসুক য়াম্না খূদোংচাদ্রবা ফিভমদা লৈরবা খুনাই অসিগী মাঙদা অসিগুম্বা ঈথক ঈরাংনা থল্লবা হরাও কুম্মৈ পাংথোকপা অসি য়াফম থোক্তে। মহৌশা মতম ফরিঙৈ, চাবা থকপা ৱাত্তনা লৈনরিঙৈ অমদি ঙসিগী লুরবা ৱাফম কয়ানা লাঙ্গোই চন্দুনা লৈরিবা অসিগুম্না ওইদ্রিঙৈ মতম অদুদদি কুম্মৈ খরা পাঙথোকপগা লোয়ননা খুনাইগী ফগদবা মওংদা লাইনীং লাইশোলগী নৎত্রগা নাৎকি ওইবা থৌরম পাঙথোকপা হায়বসি মরম চাবা ৱাফমনি। অদুবু ঙসিদি অদুগুম্বা ফীভমশিং অদু পূমহোং-হোংখ্রে। য়ুমলৈ-কৈরৈ, লৈবাক-খুনাইগী ফীভম শোকচিল্লকপ্রে। অরৈবগা লৈতবগা থাক য়াম্না খেৎনরক্লে, হিংবগী মমি শাম্বা ইমুং অমসুং মদুদগী থোরকপা অনৌবা মীরোলশিংগী মায়থোঙ খংমক-মকশিনখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা লৈবাক্কী অমসুং খুনাইগী শীংনবশিং ৱারেপ ৱাখৈনবগী খোঙথাং লৌরকপা মতমদা পেন্দবা অমদি খোয়রাঙ-খোয়শাউনবগা লোয়ননা লৌরক্লিংঙাই ওইরি। অসিগুম্বা ফীভম শোকচিনখ্রবা লুরবা তাঞ্জা অসিদা মীয়ামদা অকায়বা ওইবা ঈরাং হাক্লা পাল্লবদি মখোয় অদু লৈবাক খুনাইগী করিমত্তা খন্দ্রবা মীওই ওইরম্বা তাবনি। নৎত্রগা ঙসি লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম মরা

চেৎনা থম্নবগীদমক চীং তমগী হীরম ওইনা কম্মন কলচরেল এজেন্দা অমদা চঙশিনবা হৌগ্রবা খোঙজং অসিবু নাকোয়ননা তেমশিংনরক্লিব্রা হায়না খন্ননিংঙাই ওইরি।

মসি হায়দুনসু, মহাক মহাক্লা পামজদুনা চৎচরিবা লাইনীং-লাইশোনগী থবক্তা করি অমত্তা শোকপা য়াবা অকায়বা পীরুগদবা নত্তে। মশানা খোয়দাজদুনা ব্লারেপ লৌখ্রবা পুন্সি মহিংগী মচু হায়বদি লাইনীং লাইশোল অদুবু পামদে হায়বগীদমক মীশক মীওইশিং অদুবু লান্না লৌবা অমদি মখোয়বু অকায়বা পীবা হায়বসি অফবা তাল্লিবা খুনাই অমনা তৌগদবা নত্তে। ইণ্ডিয়াগী ময়োল্লম ওইবা গুজরাত, দিল্লি, উরিষ্যা, অন্ধ্র প্রদেশনচিংবদা হিন্দু-মুসলিম-খৃষ্টান হাৎন-শুনবগী শক্লোন অসিনা ইন্দিয়াবু মালেমদা শক্তাক্লি, ইণ্ডিয়াগী মশক লেপলি। মালেমগী য়ায়তোঙবা লৈবাকশিংনা হেন্না মফম ফংনবা হোৎনবগী ডিপ্লোমেসি তৌবদা ইণ্ডিয়াবু করিগুম্বা হিরম ১/২ দা হেক হেক পল্লবসু চিহৈ নাইবা লৈঙাকলোন অমসুং সেক্যুলর ওইদবা ইণ্ডিয়াগী খুনাইলোন অসিবুদি মালেমনা য়ানিংদবা উৎলিবা অসিনি।

মরৈবাক নুংশিজবা মীওইশিংনা নুংগী যুগতা হঞ্জিন্না কুমগৎবক্লিবা চিহৈ নাইবা লৈঙাক্লোন অমসুং খুনাইলোন অসিবু নিন্দা তৌরিবা অসিনি । অসিগুম্বা মতমগী পুন্সি মহিংগী ফিদমদগী নাথৈহৌরবা ইণ্ডিয়াগী শক্লোন অসিদগী চহিচা কুনগী মথক্তা নেসন ষ্টেট ওইদুনা লাকখিবগী পুব্রারিনা মালেমগী মমাঙদা শাফোঙগদবগী কন্না চঙশিল্লিবা চীংলৈবাক অসিনা খুনাইলোন্দা থাক ব্লাংবা য়াম্না হেল্লিবা অসিনি। বৃটিশকী কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্লা অমসুং ঙসিগী নিও কোলোনিয়েল লৈঙাক্লা মরম ওইদুনা খুৎলায় পায়বশিংগী মরক্তা হাৎন-শুনবা থোক্লম্বা তারবসু লাইনীং লাইশোন খেৎনবগীদমক্তা মতম কুইনগী ওইনা খোয়খা লিনখা থানদুনা মুক্লবা হায়বসি তুংগী অপূনবা শক্তম তশেংনা পুদুনা চৎলিবা মণিপুরী জাতিগী মফমদদি তৌখ্ররোইদবা থবকনি। খেৎন-খেৎনরবা নাৎ, লাইনীং লাইশোনগী তোপ-তোপ্পা মশক ময়াম্না পূল্লগা অমগা অমগা পুক্লিং খঙনদুনা ইকায় খুম্নবা উৎনবা হায়বসি মশা মশাগী শক্লোন আইদেন্টিটিবু চাওখোকচনিংঙাই ওইজরিবনি অমসুং মদুনা অচেৎপা লীপূন ওইদুনা অপূনবগী শক্তমবু চেৎনা পুনবা ঙমলিবনি হায়বসি তুংগী আশা পুরিবা মণিপুরী খুনাইনা মুন্না খঙঙী।

ঙসিদগী চহীচা ২/৩ গী মমাঙদা পুব্রারী ঈচেলগী থেক-খোয়রবা তোরৈদা কলচরেল ইম্পারিয়েলিষ্টকী লাইরেন্না লমদমসিদা চাক্তারকখিবা, ত্রাইবেল বিলিফনি হায়না লৌদুনা লাইনিং মচা, নাৎ মচাশিংবু য়োৎশিন্নবা হোৎনরকখিবদু হন্না হন্না নীংশিংফম থোকই। পীকচরবসু মগুণ লৈবা ওইরম্বদগী পাওনম হিন্দো নাকল অনী চাংয়েংনখিবদগী হৌরগা ঙসি ফাওবদা পূময়োৎ য়োৎশিনবা ঙম্বদি লায়রদুনা অশিথোঙদগী হিংগৎলক্লবা খুনাই অসিগী মমাঙদা করম্বা লাইনীং নাৎকী থৌরম করমনা পাঙথোক্কদগে হায়বসি মুন্না খনফম থোক্তবরা?

মীরোল ২/৩ গী মমাঙদদি দুর্গা পুজা অসিমক পাঙথোক্লম্লবসু সোসিয়েল পরপজ অমগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্মী। মহৈরোয়শিংনা লাইরিকশিং অদু লাইরেম্বীগী মমাঙদা পুজা তৌদুনা নুমিৎ ৪/৫ চুপ্পা লাইরিক পাবা তান্নবগী, চাংদম্নবগী চৎনবী

লৈরম্মী। মৌনহা, লৈশাবীশিংনা ঈশৈ শকপদি লায়রদা লাইরিক তমদবা মীওইশিং দুর্গা পুজা তৌফমদা চঙনরমদে। থৌরম পাঙথোকপা অদুসু অহৌবা স্পিকর য়াউদনা মহৈরোয়, অহল-লমন লাইনীংবা অসিনচিংবগী তোঙান-তোঙানবা থাক্তা মশা মশাগী পান্দম অমমমগী মখাদা চথরম্বা ঙাকনি। য়াউশঙ কুম্মৈসু অদুমঙায়। মী য়ামদ্রিঙৈ মতমদুদা নুপীমচাশিংখক্তনা নাক্ক-থেংলবসু, ফিমুল্লবসু খুনাইগী থকশি খাশি খঙনা চথরকই। মদুদগী ফংলকপা খরনা ইমুংদগী মপান থোকপা ফংজদ্রবী, ইমুংগী শিন্থাদা লূপচরবী, লৈকায় ৱাংমা লানজদ্রবী নুপীমচাশিংনা চাক চানরম্মী। য়াউশঙ মনুংদা ঔগ্রী চোংবা (থাবল চোংবা) চৎনরম্বা অদুসু লমলানবা পাখঙ উবদা ইকায়-নুংশিগী লীচৎ লৈজরম্বী, শাইনোল্লক্তা শাইককপীশিংগী মরুম থুপচবা মঙলানশিং অদু তাইবঙদা ওম্থোক্লবা হোৎনবদা সনা লৈবাকপু শৈথাবা ঈশৈ খুমদবা য়াবা নত্তে। সনামহী অমসুং পাখঙবগী নোংখোঙ কোয়বা অমদি ফাংখোঙ কোয়বগী ৱারীদা সনামহীনা শাউদুনা পাখঙববু হাৎলগে হায়না লাক্লবদা লাইনুরাবী তরেৎনা লাইগী য়েন্নি চাফদে হায়দুনা লাইরেন মথেক শানা লাঙ্গোই চন্দুনা সনামহীবু থমখিবা ঔগ্রী হঙ্গেমগী ঈশৈ খুমখিবা অদুগুম্বা চনুরাশিংনা য়াউশঙ থাবল চোংবা খুদিংগী ঈশৈ খুমদুনা লাকখিবনি।

অদুবু কদায়! ঙসিদি নুপী নহাশিং ইকাই-ইকি খঙনরক্তবগী ফীভম লাক্লে। লৈবাক খুনাই লৈরিবসি উদবগুম্না তৌনরক্লে, নৎত্রগা নুপী নহানা য়ুম্বানবগুম্না, ইযাদা য়াবগুম্না তৌনরক্লে। লৈবাক্কী লুখ্রবা থৌরম ওইরিবা মেরা হৌচোংবা ফাওবা লৈকায়-লৈকাযদা কুম্মৈ ওইনা পাংথোক্লরিবা অসিনা কুম্মৈ অসিগী ৱাহন্থোক মৱাক চামখিবা তাবনি। অপূনবগী শক্তমদা মরুওইবা লীপূন ওইননবা ইপা ইপুনা থাবিরম্বা পাম্বী অসিগী মহয় য়ানবা ঙমদবা তাবনি। মতৌ অসুম্না হিন্দু কুম্মৈশিং অসিদা নুপী অমসুং নহারোলশিংনা কা-হেন্না লুপশিল্লকপা, য়াউশং, কাং, ঝুলোন, কৃষ্ণ পোকপগী কুম্মৈ নুমিৎনচিংবদা নহারোলশিংনা কা হেন্না লুপশিল্লকপা অসিনা খুনাইগী মশক থীহনবদা নত্তনা কুম্মৈশিং অসি মমি শামখিনবগী মরম ওইরিবনি। হন্দক মরক উরক্লিবা থোইদোকপা শক্তম অমদি, কাং চিংবদা নহারোলশিংনা মরু কোকথোক্লগা চিখাক অমমম খাক্লগা চোলোম তৌ-তৌদুনা কাং চিংবা, বেন্দ পার্টি অমমমগা মাইক্কী অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ইম্ফাল সহরদা নভনা তম্পাক্কী মফম খরদা পাঙথোরকপসি খরা ঙক্লা থোক্লি। নহাশিংনা চোং ফন্দুনা হরাউ মথোই কাদুনা পাঙথোরকপগী থৌওং অসিনা কুম্মৈ নুমিত্তদি লম্বী সড়ক অসি চৎপা ঙম্নবা নত্তে। মরুওইনা নেসনেল হায়ৱেশিংদা অয়াম্বনা পাঙথোকনৈ। মসিনা অচৎ-অওক্তা পীরিবা খুদোংচাদবা অমদি কুম্মৈ অসিগী পরপজ লৈনা পাঙথোকপগী মহুত্তা হরাউ মথোই কাবরোমদা খুনাই অসিবু মশক উৎলরিবা থৌওংশিং অসি উরুবদা অঙকপা পোক্লরি।

ইম্মোরেল ওইনা তৌরকপবু ওইরবসু নৎত্রগা ওইদ্রবসু, অসিগুম্বা হরাও মথোই কানা পাঙথোকপগী চাংনা ক্লাইমেক্স য়ৌরকপদা মহৌশাগী খোঙচৎকী মতুংইন্না এন্টিক্লাইমেক্সকি লম্বীদা শোয়দনা লাক্কনি অমসুং হরাউ মথোই কারবা কুম্মৈশিং অসি মদোম মথৱাই পাল্লক্লরোই হায়রবসু মদুনা পীরম্বা শাথীরবা চৈথেং অদুনা খুনাইগী

মায়থোঙদা দাগ লৈহল্লম্বা অসিদি নিন্দা তৌনিংঙাই ওইরি। মশাগী মফুরুপকী অশেংবা লাইনীং-লাইশোন অমসুং নাৎ কাউথোক্লুনা লাইনীং-নাৎ অসিদা হেন্না লুপশিনবা অসিনা লমদমসিগী শক্তম ঙাকপদা অমসুং মরু ওইনা অপূনবগী শক্তম ঙাকপদা মুক্লবা থোক্লুনা মপাঙ্গল শোস্থহনগনি অমসুং মণিপুরী জাতিগী পান্দম অসি ফংবা ঙমলোই হায়বসি কাওথোক্লবগুম তৌরি।

পুম্নমক অসি য়েংলুরগা লাক্লিবা ৱাহংদি, ঈথক ঈরাংনা মরম ওইদুনা কেম তোইনা কায়হন্নবা হোৎনরিবা খুনাই অসিগী নাপলবু জাতিগী ওবজেক্টিব ওইরবা পান্দমনা য়াচল লাকপা ঙমগদৌরিবা তাঞ্জা অদুবু কয়াম লাপলিবগে? পুন্সিবু অনম অহা চুহল্লিবা, তুংগী মীরোলবু মরায়বক থীহনগদৌরিবা হরাউ কুম্মেদগী অনৌবা মীরোলবু লাপথোক্লা লৈহন্নবা অহানবা পাম্বে অমসুং তুং কোইবা পাম্বে পুথোকপা মথৌ তারব্রা? মপা মপুবু কাউহন্দুনা মশাগী শক্তম মীরায়নবা হোৎনরিবা অরানবা মওংগী চৎনবী ঈচেল অসিবু হোংদোকপা ঙম্লবদি অমসুং জাতি শাগৎপগী খোঙথাং অসি থুজিলহল্লবদি ভাব মেন তাদবা পুন্সিরোল পুরক্লিবা হরাউ কুম্মেশিং অসিগা মতম চুপ্পগী ওইনা কায়নবা ঙমলোইদ্রা? নৎত্রবদি, কদোম পাংবদনো লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম, মণিপুরী জাতিগী পান্দম? ❑

# মণিপুরি লোন চাওখৎনবগী থৌরাঙ

লোন হায়বসিনা ঈশা ইরন্নাইগী অমসুং লৈবাক্কী ওইবা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং লৌই। মরুওইবা পান্দমশিংগী মনুঙদা, ইমালোন্দা মহৈ তম্বদা লৌশিং হেন্না ফংনিংঙাই ওইরি। হেরিটেজ ওইনা লৈবাক মীয়াম্বু মপূম তাশিনহল্লি। সাইন্স অমসুং টেক্লোলোজিগী মতমসিদা মহৈরোয়শিংনা অঙাং ওইরিঙৈদা লৌশিং হেনজিন্না তানশিনবা তাই। মদুদা মথৌ তারিবসি ইচম চম্বা ইংলিসকী থাক্তা মহৈ তম্বিবদু নত্তে। অসিগুম্বা লৌশিং মতীকচানা ফংহন্নবা হোৎনবা মতমদা মহৈরোয় খুদিংমক্কা ইংলিস ফজনা খঙদবা মরমনা হায়বদি, লমদমসিগী মহৈরোয়শিংনা চাদা ৮০ হেন্না ইংলিস শোনবনিনা মহৈরোয় অয়াম্বনা মহৈ তম্বদা খুরৌ থাংলি হায়বসি য়েৎননিংঙায় লৈত্রবা ৱাফমনি।

অদুনা ঈশাগী লোনদা তাকপী-তম্বিবা হায়বসি মহৈরোয়শিংগীদি ওহ্নোক্লা খুদোং চাজবা অমনি। পুন্সিগী নৌরিঙৈ তাংকক্তা ফাওরকপা পুক্লিংগী ঈথিলগী ওইবা অমদি মুন্না উগন-খঙগনবগী পুক্লিং-লৌশিংবু চাওখৎহন্নবগী খ্বায়দগী মরুওইবা অমসুং ৱাহন্থোক লৈবা পোৎশক অদু ইমালোন্নি। লোন অদু ফনা লুসনু, মদুগী খুখাঙদা অঙাঙশিংনা তাইবঙবু ইহান হান্না মশক খঙজবগা লোয়ননা মমিং থোনবা হৈরিবা অমসুং মদুগী

মতেঙনা মখোয়গী অহল লমনশিং, খুনাই অমসুং মখোয়গী মরুপ মপাঙশিংগা লোয়ননা অমত্তা ওইনা খঙমিন্নবগী পান্দমবু ফংহল্লিবা পোৎশকনি, ইমালোন।

| মণিপুরী ঙাঙবা জাত | মীশীং |
|---|---|
| মণিপুর | ২৩,০০,০০০ |
| অসাম | ৩,০০,০০০ |
| ত্রিপুরা | ৫০,০০০ |
| নাগালেণ্ড | ৩০,০০০ |
| মিজোরাম | ৩,০০০ |
| মেঘালয় | ৫,০০০ |
| অরুনাচল প্রদেশ | ১,০০০ |
| নোংচুপ বেঙ্গল | ২,০০০ |
| ন্যু দিল্লি | ৫,০০০ |
| উত্তর প্রদেশ | ৫০০ |
| বাঙ্গলাদেশ | ৫০,০০০ |
| ম্যানমার | ১,০০,০০০ |
| য়ুএসএ | ৪০০ |
| কনাডা | ৩০০ |
| য়ুকে | ৫০০ |
| অতোপ্পা লৈবাকশিংদা | ১০০০ |

সোর্চ: বিশ্বভারত (e) idil 6,2003

অমরোমদসু লোন হায়বসি ঈপা-ঈপুগী ললগৈ অমসুং নাৎকী শরুক অমনি। লোন চাওখৎপা হায়বসি নাৎ চাওখৎপনি হায়নসু খঙনরিবনি। মসিনা খুনাইগী, কাঙলুপ অমগী ব্রাখল লৌশিংগী ওইবা অমদি পুক্নিংগী ঈথিলগী ওইবা শক্তমশিং অদুগী ময়েক লারবা খোঙচৎ অমনি। মসিনা মীওইবগী হৈ-শিংবগী মহৈ (আর্ট), লোয়নসিল্লোন, পুন্সি মহিং, ঈপা ঈপু নাৎ, অমগা অমগা থাজনবা অমদি অপূনবগী পুন্সিরোল অদুবু নুংশি চান্ননা অমদি তুংকোইনা হিংহন্নবগী মচাক অমা ওইরিবনি। অসুমনা নাৎকী শক্তম লৌরিবা লোন্না খুনাইবু চেৎনা তাইশিন্নবগী অমত্তা ঙায়রবা মচাক ওইহনবদা নত্তনা শেনমিৎলোনদা য়ুম্ফম ওইবা ঈ-পাউ লৌশিংবু চাওখৎহন্নবা মচাকসু ওইরিবনি। লৈবাক অসিবু ঈং-চীক্লা তংদু লৈতানা হিংনবগী খ্বাইদগী অপোইবা পান্নৈদি কাঙলুপশিংগী মরক্তা লৈরিবা মান্নরবা নৎত্রেগা খেৎনরবা নাৎকী মশক ওইববা লোনবু ইকায়খুম্নবা অদুনি। ঙসি ফুরুপ কয়া লৈমিন্নরিবা অসিগী মরক্তা লৈরিবা মান্নবা নৎত্রেগা খেৎনরবা শক্তম কয়ানা মশা-মশাগী তোপ-তোপ্পা মশকশিং অসিবু য়োমশিন্দুনা পুরিবা শক্লোনশিং অসিমক ঈপা ঈপুশিংনা থম্বিরম্বা নাৎকী মশক ওইরবা লমদমসিগী পূন্না হিংমিন্নবা ঙম্নবগী অপূনবা শক্তমগী পাউজেল পুরিবা লোনগী য়ুমফমনি।

ঙসিগী নাগা-কুকি হায়না থাপনহল্লিবা মশক অসিমক লোন্না লীখুন লীরকপদা ইমুং অমত্তা ওইরমলি। মীতৈ-নাগা-কুকি হায়বা ফুরুপ অহুমসি সোসিয়েল এফিলিয়েসন্না মরম ওইদুনা তাংকক খরদা তোঙান-তোঙান্না হৌরকপা শক্তমশিং মাল্লরবসু লিংগুইষ্টিক এফিলিয়েসনগী অতোঙবা মফমদা লেপখত্তুনা য়েংলকপা মতমদা ইমুং অমত্তগী ফুরুপশিংনি হায়বদু খঙবা ঙম্লকই। মণিপুরী, মিজো, কুকি হায়রিবা লোনশিং অসিমক টিবেতো বর্মন লোনগী মনুঙ চল্লিবা কুকি-চিনগী ইমুং-মনুং ঙাক্তা ওইরি। নাগানি হায়রিবা তাংখুল, তরাও, মরিংনচিংবা ফুরুপশিংগী লোলশিং অসি কুকি চিনগী ইমুং মনুঙদা চল্লি। খুদম ওইনা, কশোম খুল্লেন খুঞ্জাশিংনা তাংখুল লোন ঙাঙলবসু মখোয়না তরাও উন্নবা মতমদা তরাও লোন ঙাঙমিন্নরি। কবো তম্পাক ময়াদা তারিবা নারুম, সাইবোল, য়োংখুল নচিংবা মরিং খুলশিং অসিগা অতৈ মরিংশিংগা উন্নবা মতমদা লোল ফাওনদে, মীতৈ লোন্না ফাওনলোন ওইরি। অদুবু মফমদুদা কুকিশিং লাক্লবদি মীতৈলোন শীজিন্নদ্রবসু মখোয় মখোয়গী লোনদা ফাওনরি। মসি সোসিয়েল অমসুং লিংগুইষ্টিক এফিলিয়েসনগী পোৎখোক

ঙাক্তনি। মতৌ অসুমনা অপূনবগী শক্তমদা চাউনা থৌদাং য়ারিবা লোন অসি চাওখৎহল্লবদি লৈবাক্কী থৌদাংদা লোল অসিনা হেন্না হেন্না শরুক য়ারকখিগনি। চীংমীশিংনা মখোয় মশেলগী মরক্তা শীজিন্নরিবা মীতৈলোন অসি নিংথৌ কিবদগী শীজিন্নখিবা নত্তে। হিংনবগী লম্বী থিবদা শীজিন্নখিবনি। মখোয়বু নম-হাদুনা ঙাঙহনবা নত্তবদা মশানা য়ানিংনা ঙাঙহন্নবগী লম্বী কয়ামুক লৈরিবা অসিবু শীজিন্নদনা মাঙহনবা চুমলোই। লোন অসিনা চাওখৎপগী খোঙথাং লেপখিবদগী অপূনবা শক্তমসু মরৈ লোম্বা হৌরকখিবরা হায়বা ৱাফম লৈরিবসিনি।

ফনদি কুইরে, মণিপুর লোলবু কনষ্টিট্যুসনগী ৭১ শুবা এমেন্দমেন্ট এক্ট ১৯৯২ মতুং ইন্না ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনখিবদু। মসিবু ওইনবা হোৎনবদা মণিপুরী মীয়াম্না ঈহৌ তৌখিবনি। লোয়নসিল্লোন লুপশিং, পোলিটিকেলগী মীওইশিং, অতৈ খুনাইগী লুপশিংনা তুংগী লুম্লবা আসাগা লোয়ননা ঈহৌখিবনি। অদুবু ঙসি মহয় চাদ্রি, চাওখৎপগী খোঙচৎ লেপ্লবগুম তৌরি। চাওখৎনবগী মায়কৈ মমশিনখ্রবা লৈবাক্তা ষ্টেট গৰ্ভর্ণমেন্টনা মকোক্তা মখুৎ হাপ্লগুম তৌরি। লোনগী খোঙহৌ মান্নরকপা কোনকানি লোনগী মিনিষ্ট্রি অমগী মখাদা চাওখৎ-থৌরাং লৌখৎস্রে! পোলিটিকেল ওইনা চথখ্রবা ফাওবদা মণিপুরীগীদি কদায়? হোয়, *মণিপুরী লেংগোইজ সেল* অমা লৈস্রে, নিপামচা গবর্ণমেন্টকী মতমদা ওফিসার থরা হাপখি। মদু ইদুকেসনগী মখাদসু লৈতে। করম্বা লোয়শঙগী মখাদা লৈবনো খঙনদে। অসিগুম্বা সেদ্যুল লোন অসিবু চাওখৎনবগীদমক্তা ইং ১৯৮৯-৯০ ফাওবদা লোন অমমমদা লুপা ক্রোর অমমম সেন্টবনা পীরম্বনি। অদুবু শেনফম অসিনা কোন্নদে হায়বদগী লুপা ক্রোর ৪/৫ পীথনবা রিকম্মেন্দ তৌখিবনি। ষ্টেটনা পুথোক্কদবা য়ামদ্রবদা লুপা লাখ মঙাদগী ২৫ ফাওবগী শেনফম অদু ষ্টেটকী শেন্থুম ফিবম ফত্তবনা লোনগী প্রোজেক্ট পায়খৎলকখিদ্রবনি।

চিফ মিনিষ্টর কয়া অমা চৎস্রে। মতম মতমগী গবর্ণমেন্ট তুদনবা হোৎনবদা মমালোন চাওখৎনবগী পো কাঙবা ঙমলমদে। ঙসিগী সিএমসু অদুমগুই। মরৈবাক নুংশিজবগী ৱাখল্লোন অদু লুচিংবা অমা ওইনা মীতৈলোনগী পুৱারীদা থনম্বা ঙল্লোইদৌরি। মতমগী কাঙখোংদা পকপা উফুল ওইহৌবা তারি। লোন অসিবু চাউখৎহনবা ঙম্বা লমদমসিগী লৈহাউদা লুচিংবা পোক্করোইদৌরিব্রা? হৌজিকসু লুপা ক্রোর ৪/৫ গী প্রোজেক্ট পায়খৎপা য়াই, হ্যুমেন রিসোর্স ডিবলপমেন্টকি মখাদা। প্রোজেক্ট মচা ওইরগা *সেন্ট্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইণ্ডিয়ান লেংগোইজ, মহিশুর* গী মখাদা পায়খৎপা য়াই। অৱাং নোংপোক্কী ওইনা গুৱাহাটিদা হৌজিক মশা অমা হংলি। চহি ৩/৪ গী মমাঙদা মণিপুরী লেকচরর অনী হাপখিবা লৈস্রে। অদুবু মদুসু অনেম্বা থাক্কীনি, মমিংদগীনি। অদুগা অতৈ সেদ্যুলদা চনখ্রবা লোনশিংগী ওইনদি লুপা ক্রোর অমমম সিট মনি ওইনা ফংনরি। য়ুনিবর্সিটি থাক ফাওবা মমালোন চাওখৎনবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরি।

ঐখোয়না কাউরোইদৌবদি, লোল চাওখৎহনবা হায়বসি লোন অদুবু শীজিন্নবনি। হৌজিক ঐখোয়গী অৱাবদি, লোন অসিবু মপূং ফানা শীজিন্নদবা অসিনি। সংস্কৃত, ইংলিসকী খয়াত্তগী নীঙতম্বা ঙমজদ্রি। পাউজেল, পাউকৎ (বার্ত্তন), লোয়শঙগী চে-চাং

শুবা ফাওবদা শীজিন্নদ্রি। মহৈরোয়শিংনা ছুটি নিবদা, মিং চনবদা, চিঠি ইবা ফাওবদা শীজিন্নদ্রি। *মণিপুর ওফিসিয়েল লেংগোইজ এক্ট* ১৯৭৯ অসি মণিপুর গবর্ণরনা ১৯৮০ এপ্রিল ১৫ দগী চৎনরে হায়না ওর্দর থোকপ্লবসু ঙসি ফাওবা চৎনদনা লৈরি। লোন চাওখৎহনসি হায়না লাওরিবা অইবশিংগী লোন্দা ফাওবদা ইংলিস, সংস্কৃত কি হুই গারৌবিনা উমলি। মীতৈলোন লায়ররি হায়জরি। লোনসিগী মরমদা নোংমদা মিংকুপ খরদংদা ওইরবসু মতম কাইথোক্কুনা পোৎশেং খল্লগা শীজিন্নবগী থৌনা পোক্লদ্রি। মনম নুংশিরবা মীতৈলোন ব্রাহৈগী ইনাক খুনবা মতৌনা মীতোপ্পু শুম্বা ঙম্বগী মতীক ময়াই চেল্লিবা শক্লোন্দু মশক মুন্না খঙবা ঙম্নদ্রি। নাপ শেন্দানদুনা শোরোক য়াংবিথক্তা তম্বা ইদোম নোংমনজরি। অয়ম্বা ব্রাখলনা লমজিংদুনা নাইথাঙদা লায়চুরবা পুন্সিরোলদা মোংবা হনফম খঙদনা মীখা পোনবগী হৈনবী মখা চৎথরি।

মণিপুরি লেংগোইজ ডিবলপমেন্ট সোসাইটি (মালাদেস) কৌবা ইং ১৯৯৩ মার্চ থাদা লিংখৎখিবা লুপ অসিনা চহি খুদিংগী আগষ্ট ২০ দা মণিপুরী লোনগী নুমিৎ হায়না পাঙথোক্কুনা লাক্লিবসি শীংঙথাবা য়াই। হন্দক্তসু চিফ মিনিষ্টরদা মেমোরেন্দম অনীরক পীশিন্দুনা লোন অমসুং ময়েক চাউখৎহন্নবা দাবী খরা তৌরি। দাবীশিংগী মনুংদা, হৌজিক ন্যু দিল্লিদা লৈবা *মিনিষ্ট্রি ওফ কম্যুনিকেসন্স এন্দ ইনফোর্মেসন টেক্লোলোজি, ডিপার্টমেন্ট ওফ আইটি, ইলেক্ট্রোনিক্স নিকেটন্না* ইণ্ডিয়াগী সেদ্যুল ময়েকশিংগীদমক্তা য়ুনিকোদ অমা শাগৎলিবা (ডিবলপ) অমসুং মসিদা মীতৈ ময়েক্কী অচুম্বা মফম অমা ফংনবা মণিপুর গবর্ণমেন্টনা দাবী তৌগদবনি হায়রি। মসিগা লোয়নননা *বিশ্বভারত @ টিডিআই এল* গী ৬ শুবা চেফোঙ মশীং (জুলাই ২০০২) অসিনা মণিপুরী লোনগী ময়েক্তি বেঙ্গলি ময়েক্কা মান্নে হায়না ফোঙদোরক্লিবা ময়েকশিং অসিবু য়েংশিনবীয়ু হায়রি।

অতোপ্পা মেমোরেন্দম অমদা, মণিপুরী লোল চাওখৎনবগীদমক্তা ইংলিস অমসুং হীন্দীসবজেক্টশিং নত্তনা অতৈদি মণিপুরীদা মণিপুরী মহৈরোয়শিংনা পাউখুম পীবগী হক ফংহনবীয়ু হায়রি। অদুগা লোন অসিবু ষ্টেট ওফিসিয়েল লোন ওইহনবদা নত্তনা লাইরিক লাইশুগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদা সেদ্যুল লোন অমা ওইনা শীজিন্নদুনা মসিবু চাওখৎহনবগী মথৌ তাবা তৌবীয়ু হায়জবগা লোয়নননা মণিপুর য়ুনিবর্সিটি থাক ফাওবদা মহৈ তমহল্লু হায়না দাবী তৌরি। ইণ্ডিয়াগী অতৈ সেদ্যুল লোনশিংনা তৌবগুম্না মণিপুরী লোন্দা ডিগ্রি কোর্স হাংদোক্কুনা ডিগ্রিগী ওজা পুথোক্কুনা গবর্ণমেন্ট স্কুলশিংদা মণিপুরী সবজেক্টকি ওজাশিং হাপচিনবা চুম্মি হায়না তকশিল্লি।

দাবীশিং অসি মণিপুরি লোন চাওখৎনবগী তঙায়ফদবা খোঙথাঙ ওইগনি। চহি ১০ গী মমাঙদগী সেদ্যুল লোন ওইরকখ্রবা ফাওবদা ঙসি ফাওবা চৎনদবগুম্না লৈরিবা লোন অসিবু কোপস প্লান্নিং অমসুং ষ্টেটস প্লান্নিং তৌবা ঙমজদ্রবা ষ্টেট গবর্ণমেন্ট অসিবু মীয়ামগী পেন্দবগী খোল্লাউনা অকক্লবা ঙমখৈ ব্রাংমদা নোংমদি লাকপা শোয়রোই। ঙাকপীবা হৈত্রবা পুঙফমদু ঙাইবা চুমলোই। ❑

## অৱাং নোংপোক্তা

# কলচরগী নোংচুপ থোঙ থিংনরকপা

মীওইবগী লীচৎ-শাজৎকী মরিদা নিতি নিয়ম কক্লুনা খুনাইগী ওইনা মমায় চুম্বগী থৌওং অসি নীংতম্ববু য়েক্লে হায়না মশক উৎলিবা খুনাইগী অশোনবা অমনি হায়বসু য়াই। নৎত্রগা, শিরুম নারুম হিংলুরবা খুনাই অমনা অমুক হিংবা পাল্লক্লুনা হৌগৎনবা হোৎনবগী শরুক অমনি হায়বসু য়াই। খুনাইগী মীয়ামগী ওইবা লীচৎ-শাজৎনা কান্নরিবসি করিনো অমসুং কান্নদবনা করিনো হায়বদু শেংনা উখোকপগা লোয়নননা মসিবু মীয়ামদা চৎনহন্নবা হোৎনরিবা মবৈবাক নীংবদা চাউখোকচরিবা লৈবাক্কী ঈহৌশিং অমদি তৌনিংবদা তৌরিবা লৈঙাকপা (গবর্ণমেন্ট) শিংগী লৈঙাক ৱায়েলদা অসিগুম্বা ডিক্রেটকী ৱাফম অসি হেক হেক থেংনৈ। *য়ুনাইটেদ লিবরেসন ফ্রন্ট ওফ অসোম (উলফা)* না ইং. ২০০৩, নবেম্বর ১৫ দগী অসামদা হিন্দি ফিল্ম উৎপা থিংখ্রে। মসি চহী অমগী মমাঙদগী হৌনা থিংগনি হায়না লাউথোকখ্রবনি। থৌওং অসি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কী হেজিমোনিগী মায়োক্তা শীঙনবগী লান্থেংনপীরকপা শরুক অমনি। লমদম অসিগী মীয়ামগী মিৎয়েংদা, বোল্লিউদ অসিনা কলচরেল ইম্পরিয়েলিজম অমসুং রেসিজমগী থবক তৌদুনা লমদম -লমদমগী ওইবা নাৎপু মাঙহন-তাকহনবদা নত্তনা হিন্দি ফিল্ম অসিনা কলচরেল এক্সপান্সনিজমগী শাদোঙ ওইবিবা খ্বাইদগী ফংত্রবা খুৎলায়নি হায়বা অসিনি।

খুনাইগী লীচৎ শাজৎকী মরীদা অমসুং মীয়ামগী অপাম্বগী মবীদা মখোয়গী ৱাখল্লোনবু চৎনহন্নবা হোৎনরিবা অৱাং নোংপোক্কী য়াওল্লুপশিংনা চত্থরিবা থৌওংসি মসিনা অহানবা নত্তে। মণিপুরগী য়াওল্লুপশিংদি চহী কয়াগী মমাঙদগী হৌনা হিন্দি ফিল্ম উৎপা থিংখিবদা নত্তনা য়ু থকপা থিংবা অমদি মীতৈ নাৎতা অমসুং লোকেল ইকোনোমিদা চৈথেং পীবা য়াবা মপান লমদগী পুশিল্লকপা ফিরোল শেং-ইনবা অসি থিংদুনা লাকখি। ত্রিপুরাদসু লানহৌবা লুপ খরনা য়েলহৌমী নত্তবর্শিংগী হরাউ কুম্মৈ অমদি লাইনীং লাইশোনগী কুম্মৈশিংদা য়েলহৌমীশিংনা য়াউশীন্দনবা *ফটৱা* পীরি। মসিনা তাকপদি, মীশিং য়ামজদবা ফুরুপশিংনা কলচরেল ইম্পরিয়েলিজমনা পীরিবা তমথীরবা লাল্লোং অদু মায়োক্লনবা মায়কৈ কয়াদা লান্থেংং পীবা হৌরে হায়বা অসিনি।

তশেংবমক, লমদমগী ওইবা নাৎ মচা মচাশিংবু কলচরেল ইম্পরিয়েলিজমগী লাওরবা খয়াৎনুংদা য়োৎশিন্দুনা লাকখিবা অমদি লমদমসিগী মীয়াম্না মদুগী কনজ্যুমর ওইরক্লুনা খুনাইগী পুন্সিদা হিংবা নৎত্রগা হিংদবগী অকীবা পীরি। পোকপদগী শিবা ফাওবদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক খুদিংদা লৈবদনা (পরচেজ) শরুক ওইহনবগী শক্লোন অসিদি নবদ্বীপ অমসুং বৃন্দাবনগী লৈখোম মোন কয়া চন্দোন ওইনা চহী খুদিংগী লমদমসিদা য়োল্লিবা অসিনা অশম্বা খুদমনি। চহী খুদিংগী তির্থ চৎপশিংগী পৈশা

খোমজিন্দুনা মফমদুদা কৎলুরিবনি। অসুক ফজনা কনজ্যুমর ওইরবা লমদমসিদা কলচরেল এক্সপানস-নিজমগী নোংচুপ থোঙ থিংখিবসি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কা লমদমসিদা চত্থরকপা মমাঙগী পুরারী নীংশিংলুরগা থোইদোক্লা অঙকপা ওইগনি হায়না নীংদে।

উলফাগী ডিক্টেট অসিদা অতোপ্পনা য়েংলকপা মীৎয়েং খরা পনবা য়াই। অসিগুম্বা মখলগী ডিক্টেট অসিনা লমদম অসিগী খুৎলায় পায়বশিংগী অশেঙবা মশক উৎলি অমসুং লানহৌবশিংনা মখোয়গী অপাম্বা খুদিংমক নোংমৈ মতোন উৎলগা নম-হাদুনা তৌবা পাম্মী হায়বা অসিনি। অসিগুম্বা নম-হাদুনা তৌবা থবকশিং অসিনা মায় পাকপা ইঙম ঙমদ্রিবসি লানহৌবশিংগী নাতৈ হুক্তবা থৌওংশিংদু মীয়াম্না য়ানিংদে হায়বদু তাকপনি হায়বা অসিনি। মখোয়না পেন্না হায়রি মদুদি, অসিগুম্বা থবক্তা লানহৌবশিংনা মায় ওনশিল্লক্লিবা অসিগী মরমদি মখোয়না পায়খৎপা থবকশিং মায় পাক্তবদগী অসিগুম্বা নম-হাদুনা তৌরকপা থৌওংনি অসিনি। লানহৌবশিংগী এক্সত্রিমিষ্ট ওইবা খোঙথাং অদুদা লৈবাক মীয়াম্বু য়াহনবা ঙমদ্রবদা মখোয়না ইচম চমজবা মীয়ামদা কিহন্দুনা অসিগুম্বা থৌওং অসি হেক হেক পায়খৎপা তারকই হায়বি। মতৌ অসুম্না উলফানা অসামদা হিন্দি ফিল্ম উৎপা থিংখিবা অসিমক্তি মশাগী ফুরুপকী ওইনা মমা লৈবাকপু নুংশিজবগী চাওথোকচবা অদুবু মনতিক্নবা অমদি মায়কৈ খুদিংদা ঈশিংনা কোয়শিনবা ঈথৎতা লৈবা মীওইশিংগী পুকচেল পীকপগী মশক ওইবা কলচরগী খোঙথাঙ অমা পায়খৎনবগী থৌওং মানবা লানহৌবশিংগীএজেন্দানি হায়না য়াম্না থীনা চৈনবসু য়াওরি।

অতোপ্পা মায়কৈ অমগী মীৎয়েংদদি, মনিংতমদুনা লাকখিবা লৈবাক অমগী মনিংতম্বদু কলচরগী, ইকোনোমিগী, লৈঙাক্কী ওইনা য়ুমলোন্নবা মীতোপ লৈঙাক্কা য়েৎশিনবিরে নৎত্রগা মুনবিরে হায়না লৌরবদা মদুগী নীংতম লাম্লেং পীননবা অমসুং মদুবু মায় পাক্লবগীদমক পান্দম অমা ওইনা চঙশীল্লবদা খুনাইগী মীয়ামগী ব্রাখল্লোন্দা লৈরম্বা মীখাপোনবগী হৈনবী অসিবু অহানবদা লাপ্পা লংশেকখিবা মথৌ তারকই। থৌওং অসিগীদমক, মান্নবা ব্রাখল মীৎয়েং শাগৎমিন্নবা তাবদা মীখা পোনবগী ঈচেলদা পুথদুনা অনৌবা মশেক উনিংবগী ঈথৌলাংলিবা অমদি নাখোক্নুনা তুমখুন হুল্লিবা মীওইশিংদা অওনবা ঈহৌগী লিংজেল মান্নবা খোঙথাঙ অসি মায় পাক্লনি হায়বগী থাজবা অমা মীয়ামদা পীবা তারকই। মসিগী অহানবা খোঙথাংদি লৈবাক খুনাইগী লীচৎ শাজৎ চুম্না অমদি অসামী জাতিগী থকশি-খাশি ঙাক্লা চৎনবগী নাৎকি ওইবা খোঙথাঙনি। কলচরেল ইম্পরিয়েলিষ্ট ওইরিবা হিন্দুস্থানি নাৎনা লমদমসিগী নাৎ মচাশিংবু য়োৎশিন্দুনা মাঙহল্লি, মাঙতাকহল্লি। মদুনা মশাগী শক্তম মুৎশিল্লকই অমদি, খুনাইবু অচুম্বা মায়কৈদগী নাথৈহন্দুনা মীনাই নাইথাংগী পুন্সি মরেলদা পুথরকই। অসিগুম্বা মাঙতাকপগী মশক অমা কলচরেল এক্সপানসনিষ্টনা পীবা হৌরক্লবদা মদুগী মায়োক্তা খুনাই মীয়ামগী অপাম্বগী মতুংইন্না য়াওল ঈহৌগী ফিরেপ লৌরকখিবনি হায়বসিনি। মীতোপ মীরান্না ঈথিল পীরিবা কলচর অসিনা লমদমসিগী ইকোনোমি পীনবা হোৎনবা তাবদা অমদি মশাগী শক্তম লেপ্পবা হোৎনজবা

তাবদা কলচরগী থোঙদা লাম্ছুং পীনবগী চায়নপুঙ অমা শেমগৎপনি। মরমদমগী চায়নপুঙদা অচৌবা শক্তিগা মচাগা লাম্বা তৌবা য়ানবগী অহানবা য়ুম্ফম থোনজবনি।

শক্তি লৈরবা হিন্দি ফিল্মবু নুংশিবা অসিনা মখোয় মশাগী ওইবা কলচরবু মাঙ-তাকহন্নবগী মরম ওই হায়বসি মীচম মীয়াম্মা খঙনদবগুম তৌই। মরুওইনা, হোল্লিবুডকী মতৌ তমদুনা ব্রেক মনিবু ঙৌহল্লগা চঙশিল্লক্লিবা বোলিবুডকী অরোনবা এজেন্দানা লানথেংনবা তৌদনা লানফম কয়া কোম্না ফংখ্রিবা অসিনা মরম ওইদুনা উনা উনা লাইরেনগী খয়াৎনুংদা চঙলবা মীয়াম্মা তুংগী মশাগী শক্তম অমসুং শেন্মিৎলোন্দা করি লাইবক ওইরগদগে হায়বসি লুনা খনজিন্দবগুম তৌই। লায়না অমগুম্মা শন্দোরক্লিবা কলচরেল এক্সপানসনিজম্না পীরক্লিবা অমাঙ-অতা অসি মীচম মীয়াম্মা খঙনবা হোৎনদে। অসুম্না মশাগী শক্তম ঙাকপা পাম্বা খুনাই অমনা তুংগী অশানবা মীৎয়েং য়েংলকপগী অপাম্বা অসিদা খোঙফম লৌরগা পায়খৎপা থৌওং অমা ওইনা উৎলক্লি।

সিনেমানা ইণ্ডিয়ানগী পুন্সি মহিংগা য়াম্না হোঙনা ইশম-শম্নরবা মতমসিদা ইণ্ডিয়ান মশাগী মীয়াম্মা ফাওবা মুম্বাই, চেনাইদা নম্বা হিন্দি ফিল্ম উরুবদা নীংবা কায়নরি। অকাম্বা ব্রাহে-পিকচর উৎপা অমদি হেরোইজমগী রোমান্সদগী নাথৈরকপা অসিনা হিন্দি সিনেমাগী ঙসিগী শক্লোন ওইরি। মমাংঙৈদদি হিন্দি ফিল্ম য়েংলুবদা পি তানরম্মি। অদুবু হৌজিক্তি সেক্স ইন্টরেষ্ট অমদি খন্থবা নংদবা ব্রাখলগী নোংলৈনা হুমদুনা কারিগুম্বা খরা হরাউ কুম্মৈগী তাইবঙ ওইনা পুশিল্লকপা অদুনা অচুম অরান য়েংহৈদবা কলচর অমা ওইনা খুদোল তম্লক্লি। পুন্সিগী ফিদমবু তেমশীঙনরিবা মীফত্তশিংগী মায়োক্তা চৈখল পীবগী অকনবা খুথা অদুদগী হিন্দি ফিল্মনা ঙসিদি নাথৈরগা চৎখ্রে। চাওখৎপা খুনাইগী ওইবা হোল্লিবুডকী মতৌ তমদুনা মথোৎ কারকপগী অপাম মীহৌবদা মিতা খমদাবগী নুংশিৎ নুংশা পুরক্তুনা অনৌবা মীরোলশিংগী কোক্তা চমম্নহল্লি, মোরেল ভেল্যু চামথোক্লি। দিল্লি, কেরালাদদা নত্তনা অৱাং নোংপোক্কী লমদম অসিদসু প্রি-মেরিটেল সেক্স অমসুং মরূম পুবগী শক্লোন অমা পীরকপা অসিনা অহল লমনশিংগী কোক চীকহল্লি। ফিল্মনা ইথিল পীদুনা নহা কয়ানা ক্রাইম চখৎরি। ঙাইহাক্কী মিৎকুপকী ওইনা পেম্হোক্লবা হোৎনবদা খুনাইগী অমদি কলচরগী লেম্ফুগা ইশম শম্নদবা মওংদা পাখং লৈশাবী পুল্লপ পুল্লপ অপাম মিহৌ পোক্লহন্দুনা শান্নবা কোরিওগ্রাফি অসিনা প্রি মেরিটেল সেক্স অমদি নুপীগী ইজৎ শারাক তমহন্নবগী মরম ওইরি। পুম্নমক অসিগী চোয়-চাং য়েংলুরগসু হিন্দি ফিল্ম য়েংবা মীওইশিংদা কান্নবা পীরিবসি চাদা ৩০ য়ৌদে হায়না পানৈ। নহারোলশিংদদি লমচৎ-শাজৎকী ওইবা লমজীং লমতাক ফংগনি হায়না হিন্দি ফিল্মদগী আসা তৌরুবা য়াদ্রে। মসিগী মহুত্তা বোল্লিবুডনা নহারোলশিংবু শাগী লমচৎ চৎহন্নবা ঈথিল পীরিবা অমসুং থম্বাল লৈকাদা খোইমুগী খোঙ্গুল তাবগুম্না মখোয়গী পুক্লিং ব্রাখলদা পকহৌরিবা কান্নদবা অপাম মিহৌগী ঈহুল অমসুং ক্রাইমগী চাংয়েং তৌনিংবগী ঈহুল অসিনি।

পৃম্নমক মসি য়েংলুরগা, অৱাং নোংপোক্কী অচৌবা শরুক কল্লিবা মপাঙ্গল লৈরবা অসামি ফুঙ্গাকী য়াওল্লুপ অমনা হিন্দি ফিল্ম উৎপা নবেম্বর ১৫ দগী থিংদুনা কলচরেল এক্সপানস্নিজমগী মায়োক্তা লাম্থেং পীরক্লিবা অসি ইরায়-লায়না লৌবা চুমলোই। থকশি খাসিংমসুং নাংকী য়ুম্ফম থোনগত্তুনা চথরক্লিবা লাম্থেং অসিনা অৱাং নোংপোক লমদমদা অঙ্গীবা অহোংবা অমা পীরক্কগনি। ইণ্ডিয়ান হেজিমোনি অমসুং কলচরেল ইম্পরিয়েলিজম্গী মায়োক্তা লানথেংনরক্লিবা লমদম অমগী মখোঙ মরোমদোম লেপ্লা পামলিবা মীয়াম্না তাংক্ক অসিদগী অকনবা ঈহৌ অমগী পুৱারী ইবা হৌরদুনা সেল্ফ ডিটরমিনেসনগী খোঙথাং মক্কে লাবা হৌরে হায়বা য়াই। ❑

# নুপী লান

## মণিপুরি নেসনেলিজমগী মশেক-মঙালনি

অফাওবা নুপা অমমমগী মরুমনা নুপী অমমম লেপ্তুনা লৈগল্লি হায়বসি নুপীবু মপান থোকহন্দবা, খুনাইগী থৌদোক থৌরমশিংদা কয়া য়াওহন্দবা লমদমশিংদা কয়া চুমদ্রবসু য়ুরোপ অমসুং খা নোংপোক এসিয়াগী লমদমশিংদা থোইদোক্লা অচূম্বা ৱাফম ওইরি। ইং ১৯০৪ অমসুং ১৯৩৯ গী থৌদোক অনীদা মণিপুরী নুপীশিংনা মপান থোরক্তুনা লোইলম লৈঙাক ৱায়েলবু মায়োক্লনবা হোৎনখি । অহানবগী থৌদোক্লা সাহেবকী বাঙ্গলো মৈ চাকখিবগী মতাঙদা নুপাশিংগী মথক্তা পূন্না মরাল শীরকপা কল্লেক্টিব মিজরনি। অনীশুবগী অসিনা লোইলম লৈঙাক ৱায়েলনা পীরিবা পেন্দবা অসিগী মথক্তা খুৎশেমগী চাক্তাঙবা থোকহন্দুনা মীয়াম ৱাহল্লবদা অরানবা লৈঙাক ৱায়েল অদু চুমথোক্ল বা হৌরকপা মীয়ামগী ঈহৌগী শরুক অমনি। মীখা থাহন্দুনা নমথনবা হোৎনরিবা লৈবাক অমগী নুপা নহাশিংগী মথক্তা মীওৎ মীনৈ চথরিবা অদুগুম্বা খুনাই অদুগী পূক্নিং ৱাখলনা লমজিংদুনা হৌরিবা ঈহৌ অমগী শরুকনি, নুপীনা খুনাইগী মহুৎ শিনবনি। চেঙ তাঙবা খক্তগী অমসুং মৈ চাকখ্রবা সাহেবকী বাঙ্গলো অমুক শাহন্নবা মীতৈ নুপাবু কবো তম্পাক য়ৌনা চৎহন্দুনা অৱাবা মায়োক্লহল্লি হায়বা খক্তংগী ৱাফমদা হৌরকপা নুপী ঈহৌ নত্তে। মতম অদুগী লোইলম লৈঙাক ৱায়েলনা মীয়াম্বু ওৎ-নৈদুনা চথরকপা, লেঙবা-খোৎপা ফাওবা য়াদনা থম্বিখিবা অমদি, লোইলম লৈঙাক্কী ঙাক্লৌ ওইবা শেল থুমগী যৌশীল অদুগী মায়োক্তা মণিপুরগী নুপীশিংনা অমত্তা ওইনা পূন্না লেপখত্তুনা লোইলম লৈঙাকপু মায়য়োক য়াখিবনি। অকি তুজুংহল্লবা খুনাইদা অওনবা অমা পুরক্তুনা মীয়াম্না মনিং মখা তম্নবগী ঈহৌ পীননবা নুপী লান্না হোৎনখি। মদুগী চপ চাবা ঈনোৎ লাকখি, ঈচেল কংখিদে, ঙসিফাও চেম্থরি।

অসুম্না, নুপী লানগী অরংবা থৌদোক্লা জাতি শেমগৎপগী অমসুং জাতিগী লাছেং পীরিবা ঈচেলগী শরুক অমা ওইনা চেষ্টুরকপা অসিগী মনুংদা মঙোন্দা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা ঈনোৎ পীরিবা নিও কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক ব্রায়েল অসিনি। পুৱারী ঈচেলগী তোৱৈ-তুথেক লৈতবা য়াদবগী হৌনশা ওইনা মতম খরা শিরুম নারুম হিংলুরবা নেসনেল করেক্টরনি। বৃটিশ চংশ্রবসু মদুগী মরমচং চংথদুনা ঙসি খুনাইসিদা পীরিবা লোইলম লৈঙাক ব্রায়েলগী শাথীরবা চৈথেঙ অসিনা জাতিগী ঈচেল অসিবু লৈহাও চেলহল্লি। জাতিগী ঈচেলনা নীংতম্বগী পন্থুং তান্না চেষ্টুরি হায়বগী খুদমদি, নুপী ঈহৌশিং অসিনা কংলৈ লমদম অসিগী অতিয়াদা চুমথাঙ খনবগুম ময়েক শেংনা উৎলিবা, খোঞ্জেল শেংনা লাওরিবা শক্রোন অসিনি।

তোঙান-তোঙানবা নুপী লুপ কয়ানা ঙসি মণিপুরগী মফম কয়াদা তোঙান তোঙানবা ঈরমশিংদা খুনাইগী থবক তৌরি, নিও কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্লা পীরিবা অৱা চৈথেং, মীওৎ মীনৈশিং মায়য়োক য়ারি। মণিপুরগী হেক লৈরিবা লুপ খুদিংমক্তা নুপীশিংগী ওইবা ওর্গান/সেল হাংদোক্তুনা লৈঙাক খুনাইগী মতম মতমগী ওইরক্লিবা ফীভমশিং থেংনহল্লি। মসিদা নত্তনা ক্রোর ১০০ হেল্লবা ইণ্ডিয়াগী মীশিংগী মনুংদা ক্রোর ৫০ হেনবা ইণ্ডিয়াগী নুপীশিংনা পুল্লপ পূর্নশিন্নদুনসু শান্ন-খোৎনবনচিংবদা লাম্বা পাক ঙমদ্রবা কংলৈপাক মণিপুরগী নুপীশিংনা ঙসিদি মবন্নাই ওইনা চোংথোক্লুবক্তুনা জাতিগী ঈহৌ তৌরক্লিবা, জাতিগী ঈহৌ কয়াদা মথ্বায় কথোক্তুনা চঙশিন্নরক্লিবা অসিনি। মণিপুরগী নীংখা তম্ববু লোইলম লৈঙাক্কী খুজ্জী অসিদগী নাম্থোক্লবগী মীৎয়েংদা মণিপুরগী অনৌবা মীরোলগী নুপীশিংনা কথোকপগা লোয়ননা থবক তৌনরকপা নোংমা নোংমগী হেল্লক্লি। লৈঙাক খুনাইগী অফবা পুরক্কনি হায়রিবা য়াওল্লুপশিং পূনশিন্নদুনা হেন্না মপাঙ্গল কলহন্নবা হোৎনরি।

নুপী লানগী ঈনোৎ পীরিবা শক্রোনশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা ময়েক শেংবদি ইং ১৯০৪ দগী হৌনা ঙসি ফাওবদা লমদমসিগী ইমা ইবেলশিংনা লৈঙাক খুনাইগী মরীদা মায়োক্লরকপা থৌওংশিং অসিনি। ঙসিমক্কী নুপী লুপ কয়াগী লুচিংবীশিং খুদম ওইনা ইমা কোন্থীনচিংবনা চথবিরিবা অসিমক ওইজ-ওইথক্কী লমদা করিমত্তা শোক্লুদ্রবা তরু-তরুবা থবক থৌওংশিংনি হায়বসি মীপুম তিংনা খঙনরি। মসিদা য়ুম্ফম ওইরগা নুপী লানগী শরুক ওইরিবা মৈরা পায়বী, নেশা বন্দ ঈহৌনচিংবনা থৱায় হাপ্লা ঙমলিবনি। মসিগী হায়রুরবদি ঙসি হিংবিরিবা ইমা কোন্থী নচিংবা অসি নুপী লানগা মরী শম্নরিবা লিবিং হেরিটেজ ওইরবনি। ইমাশিংবু ঐখোয়না ৱাংনা লৌজরিবা মখৈ, থকশি-খাশি উৎলিবমখৈ লোইলম লৈঙাক্কী মপাঙ্গল শোম্থগদৌরিবনি। খুনাইগী মায়ওন পীদুনা ঐখোয়গী তুংলমচৎ য়াইফবা ওইগদৌরিবনি।

ঙসিগী নুপী লানগী ঈচেল পীরিবা অঙকপা শক্তি অমদি, ঐখোয়গী নুপীমচা অমনা চহী অহুম চুপ্পা চরা হেন্দুনা মীওৎ মীনৈ পীরিবা লৈঙাক্কী মায়োক্তা মালেমগী মীয়াম তানবা খোঞ্জেল থোক্লকপা অসিনি। ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক্কী মচী অমদা মীওৎ মীনৈগী

লৈঙাক চথুরি হায়বসি মালেমগী মীয়াম্বা তাননবা লাওরিবা খোঞ্জেল অমনি। থোইদোক্না নুপী লানগী ঈচেল কলহল্লিবা কংলৈপাক্কী তাঙলবা ঈনোৎনি অমদি, মণিপুরী নেসনেলিজমগী পাউজেল পীরিবা খোঞ্জেল অমনি। পুৱারীগী তাংকক খরদা য়াম্না তাঙনা থোকপা লাইরেম্বীগী মশক ওইরবা মীওইপোক অসিগী মিংফাউবা পনবদা পাম্মুজরে। ঙসিগী মীরোলনা অৱা চৈথেং নংবগী মতীক অসিগুম্বা লাইরেম্বী অসি উবা ফংজরিবা অসি লাইবক ফবনি । তাঙলবা মীওইপোকশিং অসি ফংহনবিরিবা অমদি লৈহাও কাহল্লিবা মীওৎ মীনৈগী লৈঙাক অসিসু ঙসিগী মচীন-মরৈ অনী অনী লোঙবা খুনাইগী শক্লোন অসিবু মমুন ফাহন্দুনা মহয় য়ালহন্নবা হোৎনরকপা মখলগী লৈঙাক অমনি হায়বসু য়াই। তৌবদবু সোসিয়েল ডাইনামিক্সনা থোকহল্লিবা অঙকপশিং উক্রগা, মীওৎ মীনৈনা চাং ৱাংলিবগী মতিক মজাতি মফুরুপ নুংশিজবা নেসনেলিজমগী ঈচেলনা অনৌবা মীরোলগী লূ-তোংগী ঈচেলদা হেন্না কন্না চেল্লকখিগনি, পুৱারীগী তাংকক কয়াদা উবা ফংদ্রবা অসিগুম্বা তাঙলবা লাইরেম্বীগী শাইয়োল কয়া পোক্লকখিগনি।

ঙসি অসুক কন্না নেসনেলিজমগী ঈচেল চেন্থবগী মবমদি চহী লীশিং কয়া নীংখা তম্না হৌরকখিবা কংলৈ পুৱারিগী নুংশাম্বর অদু চবম পায়দুনা শ্বর ফুলহনখিবা অসিনি। লৈশেম-নুংশেমঙৈদগী হৌনা নুপানা খুৎলিংবা খুনাই (পেত্রিয়াকল সোসাইটি) অসিগী মচিন মনাও মশেলগী ঈচেল খেৎনরকপদা, নোংখোঙ-ফাংখোঙ কোয়নরকপগী মোত খেৎনরকপদা লাই নুবাবীশিংনা চোংথোক্লগা শন্তাইনদুনা লাকখিবা, নীঙেল-পীবা চাক্তৌনদুনা তৎপা য়াদ্রবা মরী থল্লকখিবা, কুম খূদিং শবোই-ঙারোয়দা চাকথা তমদুনা পুৱারীগী তাংকক কয়া, খুন্তাকপা কয়াদা কংলৈ চনুরাশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা অদুগী ঈচেল ঙসি ফাওবা খমদনা লৈরকপা অসিননি। মতমগী অহোংবা ঈচেলনা পুৱারীগী মরূ ঈহৌরকফমগা শম্নরবদি ঈচেলগী ঈনোৎ ফংদুনা ঈচেল কন্না চেন্থবা তাবনি।

পামহৈবা নিংথৌ হাক্তক্তগী হৌনা লৈমা ইরোম চনু (গোমতি) না য়াওল ঈহৌ চথরকপদু ঙসিসু ইরোম চনু (শর্মিলা) না য়াওল ঈচেল শমথরি। মসমক অঙকপা নত্তে। মীওৎ মীনৈনা ক্লাইমেক্স য়ৌনা ৱাংলিবা মখৈ নীংতম ঈচেল কনবা হেল্লিবনি। মণিপুরি নেসনেলিজমগী মশেক-মঙাল ওইরিবা নুপী লানগী ঈচেল হেন্না হেন্না কনখৎলকখিগনি। মদুনা লৈঙাক খুনাইগী অরানবা খোঙচৎপু লেপহনবা ঙমগনি, শেমদোকপা ঙমগনি। নুপী লানগী ঈচেল পীরিবা ঈথক মচা মচাশিং হেন্না ময়েক শেংলকখিগনি। মসিগী মিংশেলদি নেসনেলিজমগী শাদোঙ ওইনা নুপীশিংগী শম্নুলদা তোংলকখিগনি। খাঙতপতা নুংশা শ্বর মেৎখ্রবা খুনাই অসিনা হিংগৎপা ঙমদদুনা মীনাই নাইথাঙগী পুঙ্গিরোলদা লুপথগদৌরে লূতুংগী শম্নুলনা উৎলক্লগনি; নীংতম ঈচেল পামদুনা মণিপুরী নেসনেলিজমবু ফুগাইনা লৈশাৎ তমহনগে নুপীগী তুংগী শম্নুলনা উৎলক্লিবনি। ❑

# মালেমদা শক্তাক্লিবা

# মণিপুরগী হেন্দলুম-হেন্দিক্রাফটস

শিনফম অসি মালেমগী অতে মফমশিংদদি অনৌবা মতমগী নুংশিংকী য়াওলদা অরি অনৌ চুমশিন্নদুনা খোঙজেল য়াঙনা চঙশিন্নখ্রবসু মণিপুরদদি খুনু মখোঙ শমলৌবগুম্বা খিবিক লৈবদগী মশাগী য়েলহৌ লৈহাওদা মরা তানা হৌদুনা মপাল মউ ফন্না হৌহন্নবা হোৎনদ্রি অমদি, মতমগী খোঙচৎকা চুশিন্নদুনা মালেমগী থোঙ্গালদা খোঙজেল য়াঙনা চেনখৎপা ঙমদনা লৈরি। মণিপুরগী হেন্দলুম হেন্দিক্রাফটকী পোথোক হায়রগা লমদমসিগী শু-নোম্বগী, নাৎকী শক্তাক খুদম ওইদুনা লাকখিবদু ঙসিদি মতমগী চৈথেংদা মমি শামলকপগুম তৌরক্লি। য়েংহৈ-তাহৈদবা খিবিক্লা খুনাইগী মিৎমাঙদা উৎলরি, খুনাইগী, লৈঙাক্কী অশোয়বা খিবিক্লা খুনাইগী মচি মরুমদা মথি ফোঙলম্বদগী হেন্দোক্লুনা মাঙশোক ফম্মেন য়ৌনা মথি ফোংলরি। ফিশাবী শিন্নাইবীশিংনা মশাগী মফম থাদোক্লগা সিনেমা টিকেট য়োল্লকপা, চেক জুগালি শুনরকপা, গবর্ণমেন্ট অনৌবা শেম্লবা থোক্লরকপা অসিনচিংবা অসিনা ফিশারম্বী, শিন্নাইরম্বীশিংবু মখুৎ থদৎপীদুনা খোইরেন মশা পাইনা চোইজাইনহনবগী অনৌবা শক্লোন ওইরি। হয়েংগী মমাশিং, ঙসিগী মমা ওইবীশিংবু মতম অমদা লৈকাই খুঙ্গং খুদিংগী পুল্লপ পুল্লপ শিন্নাইহন্দুনা জাতিগী শেনমিৎলোন শাগৎমিন্নরম্বদা নত্তনা জাতিগী মমা ওইবীশিংগী থকশি খাশি শাগৎলম্বগী অমসুং শু-নোম্বগী নাৎ অদু ঙসিদি খুদুং ইন্না চৎপা ঙমদ্রে। মিপাইনিংঙাই ওইরবা অসিগুম্বা তাংকক অসি য়ৌরক্লবদা, মণিপুরগী ইয়োংফি অমসুং খুৎনা শুবা শিনফম অসি কন্দবা য়াদে হায়বগী ঈহৌ অমা লাকখি।

শিনফমসিদা থৱাই লুপচবা মীয়াম্না পুনশিন্নদুনা ইং ১৯৯৯ আগষ্ট ১দা ইম্ফালগী গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা মীয়ামগী ওইবা মীফম অমা পাঙথোকখি। পার্টিসিপেন্ট ৬০০ লোম্না শরুক য়াখিবা মীফম অদুনা হেন্দলুম -হেন্দিক্রাফট শিনফম অসিচাওখৎহন্নবা মরী লৈনবা মায়কৈশিংদগী মিৎয়েং চিংশিন্নবা ৱারেপ লৌখিবগা লোয়ননা চহি খুদিংগী আগষ্ট ১বু **'হেন্দলুম নুমিৎ'** ওইনা পাঙথোক্লবা ৱারেপ্পখি। মদুদগী হৌনা চহি খুদিংগী আগষ্ট ১দা হেন্দলুম থৌরম পাঙথোক্লুনা লাক্লি। থৌরমসিগী পান্দমদি মথৌ মশিন থাদোক্লুনা চৎলুরবা শিন্নাইবীশিংদা মতমগা চুনবা খুৎশুমল ফংহন্দুনা হান্নগী লৈরম্বা মফমদা হঞ্জিলহন্নবা হোৎনবা অমসুং মসিদা চঙবা মথৌতবা পোৎলমশিং অমদি তেঙবাং পীবা অসিনচিংবা অৱাৎপা কয়া অসি ফংহন্নবা হোৎনবনি।

<u>কনাবু শীঙথাবা</u> ঃ শিনফম অসিগী মরী লৈনবা মীওইশিং, ডিপার্টমেন্ট ওফিসিয়েলশিং, কোওপরেটিব সোসাইটিশিং, মণিপুর হেন্দলুম এন্দ হেন্দিক্রাফট কোর্পোরেসনগা চুমশিন্নবা মওংদা চঙশিন্দ্রবসু তোঙান তোঙানবা থাক্তা চঙশিন্নবদি উরে। মসিমক্লা ইণ্ডিয়াগী মনুঙ অমসুং মপান্দা পোৎলম অসিবু পাম্না লৈনরিবনি। মোইরাংফি অসিমক ইণ্ডিয়াগী কম্পনিশিংনা দুপ্লিকেট তৌরি। বোল্লিউদকী অরু অহেন থৌরমশিংদা অমদি মেডিয়াগী

থোঙদা উংকদবা থৌরমশিংদা হিন্দী শকহেনবীশিংনা শীজিন্নবা উরি। অদুনা মণিপুরবু শক্তাক্লিবা পোথোকশিং অসি হেন্না হেন্না চাওখৎহনবা মথৌ তারি। মসিবু চাওখৎনবা হোৎনরিবশিংগী মনুঙদা *মণিপুর হেন্দলুম এন্দ হেন্দিক্রাফট্স দিবলপমেন্ট কোর্পোরেসন* অসিনা লৌরিবা থৌদাংশিং পনবা য়াই। কোর্পোরেসন অসিনা ইণ্ডিয়াগী ব্রাংমদা পোৎ য়োন্দুনা লুপা লাক্ষ কয়া তনবা ঙমলিব।

**তৌজমলশিং ঃ** মপানগী লৈবাকশিংনা পাম্না লৈনরিবা পোৎলমশিংগী মনুঙদা *মোইরাংফি, লশিংফি, লশিং ইন্নফি* অসিনা মরুওইবা হেন্দলুম পোথোক ওইরি। মোইরাংফিদা *সাড়ী, লৈপুবী সাড়ী, কাব্রংগী সাড়ি, লশিং চুনি, লৈপুবী চুনী* অমসুং লশিংফিগী মখলদা *ডবল বেড কোভর (অথোৎপী ডিজাইন), লৈকম ডিজাইন, অকোইবী ডিজাইন, তিংদোংবী ডিজাইন* অমদি অতৈ মখল কয়াগী ডিজাইনশিং অসি বাঙ্গলাদেশ অমসুং জাপান্না য়াম্না পাম্না ডিমান্দ তৌরি। অদুগা মপান লৈবাকশিংনা পাম্না লৈরিবা হেন্দিক্রাফট পোৎলমশিংদি, কৌনা ফক (অরোনবা), কৌনা ক্যুসন, কৌনা ফক্কী তোঙান তোঙানবা সাইজ অমদি ক্বালিটিশিং, *লী অমসুং ব্রাগী মরী পানবা শম, লীগী মোড়া, লীগী সোফা* নচিংবা হেন্দিক্রাফ পোথোকশিং অসি জর্মনি, ফ্রান্স, বেলজিয়ম, কনাডা, য়ুএসনচিংবা মপান লৈবাকশিংনা লেপ্পা লৈতনা য়াম্না পাম্না লৈনরি, ডিমান্দ তৌরি। মপান্দগী নেট প্রোফিট ওইনা চহিদা লুপা লাক্ষ ২৫দগী তাদনা ফংলি। অদুগা কোলকত্তা অমসুং ন্যু দিল্লীগী সেলস ডিপোশিংদগী লাকপা শেন্দোং থারগা চহিদা লুপা লাক্ষ ৩২ লাকই হায়বসিনি। অসুম্না লাকপা শেল অসিনা কোর্পোরেসনগী শিল্পীশিং অমসুং ইমপ্লোয়ীশিংগী ইনসেন্টিব অমসুং তলব পীবদা শীজিন্নরি। অসিগুম্বা তাঙলবা পোথোকশিং অসিনা মপান্দগী পৈশা পুশিল্লকপগী ব্রাফম অসিদা নত্তনা, মণিপুরগী লেমজনিংঙাই ওইবা পোথোক অসি ব্রার্ল্ড ষ্টেন্দর্দদা চিংখত্তুনা মণিপুরবু শক্তাক্লিবা অসিনা থোইদোক্না মরু ওই। মসিদা নত্তনা মণিপুরগী মীয়ামদা অমসুং মালেমগী মীয়ামদা থবক পীবা অসি থোইদোক্না মরু ওই। কোর্পোরেসন্না ফীশাবীশিংদা শেনগী মতেং গ্রান্ট/লোন পীরি। পুন্না য়োংখম ২০৮০ য়েনথোকখ্রে হায়রি। সেন্টরনা স্পোন্সর তৌবা স্কিমশিং চথরি। মণিপুরদা ফীশাবী শিন্নাইবী লাক্ষ ৩.৮৫মুক লৈরিবা অসিগী মনুঙদগী সেদ্যুল কাষ্ট/ট্রাইবগী ফীশাবী শিন্নাইবী লীশিং মঙা য়াওরগা পূন্না লীশিং কুন্দা কোর্পো-রেসন্না থবক পীরি। অদুগা ডিষ্ট্রিকশিংদা চত্তুনা লী, ব্রা, কৌনা থারিবশিংগী শেন্নমগী অমসুং টেক্নিকেল এসিষ্টেন্স পীদুনা থবক ফংহনবা অমদি হিংবগী থাক ব্রাংখৎহনবগী পান্দম ফংনবা সর্ভে প্রোগ্রামশিং চথে হায়বর্সিনি।

মতম কুইনা খুনাইগী ইকনমিদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখিবা ইমুং খুদিংমক্তা লৈরিবা ফিশাকোলশিংনা ভারতকী করবারব্রালাশিংগী চৈফুদা মরু লুকথনা হিংলকখিবা অরাবা তাঙ্কক অমগী মতুংদা, ঙসিদি নমথবিরবশিংগী খুবামনুংদগী নাম্থোক্তুনা মণিপুরি নুপীশিংগী ফিশাকোলগী অনৌবা খুৎশা-ফিশাশিংগী ফিরোলশিং মালেমগী লৈবাকশিংনা য়াম্না পাম্না লৈনবা হৌরক্লি। অমতং পল্লবদা মণিপুর য়ুনিভর্সিতিগী মমাঙ থোংজু পার্ট-টু দা লৈবা **শিল্প প্রদর্শন** না ফিশাকোলদা পুথোক্লিবা ফিরোলশিং অসি ইজরেল, অমেরিকা অমদি জর্মনিগী মীওইশিংনা পাম্না লৈনরি। ডিমান্দ পীবা ঙমদ্রি। ইম্ফালগী কাঙবম লৈকাইদা লৈবা **নীঙথীবী কলেক্সন** গী পোথোক ইন্দিয়া অমসুং মপান লমগী মীয়াম্না য়াম্না পাম্না

লৈনরি। মহাক্কী য়ুনিটনা মণিপুরগী অতৈ দিষ্ট্রিক্টশিংদা লৈদুনা পাক শন্না পোখোক য়াম্না পুথোক্তুনসু দিমান্দ পীবা ঙমদ্রি।ময়াং ফি শাবদগী খুৎশুমল হেন্না ৱাংনা ফিশাবীশিংনা ফঙবা ঙম্লি। ভারতকী মার্কেটতগী নাম্থোক্তুনা মপাল লমগী মার্কেট কয়াদা কোয়দুনা মীখা পোন্দবা শেম্মিংলোনগী ফীভম অমা শাগৎপদা অচৌবা মতেঙ ওইরগনি হায়বগী থাজবা অমা মীয়ামগী পৃক্লিংদা ফাউনরক্লি। থৌওং অসিগুম্বশিংসিনা শোয়দনা ঙমহনগনি মণিপুরগী ইকনমিবু গ্লোবেলাইজেসনগী অকনবা শাফুদগী কলহৌদুনা মখোঙ মরোমদোম লেপচবা ঙম্বা খুনাই অমা ওইহনবা।

<u>অশোয়বশিং</u> ঃ ষ্টেটনা অচৌবা আসাগা লোয়ননা ইং ১৯৭৬ ওক্টোবর ১৬দা লিংখিবা *এমঐচঐচদিসি* অসিগী খোঙচত্তা অশোয়বা খরা লৈবদগী হৌজিক অরুবা ৱাফমশিং মায়োক্লরি। ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা সেন্ট্রেল ফন্দ থেঙনা রিলিজ তৌবিবা, লোকেল সপ্লাইয়রশিংনা সব-ষ্টেন্দর্ডকী পোৎলমশিং শারকপা, ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা কোর্পোরে-সন্দা গ্রান্ট/লোন পীবিদবা, ওভর ষ্টাফিং ওইবা অসি পনবা য়াই। হৌজিক কর্ম্মচারিশিংগী থা ৫০গী তলব ফংদরি। হৌখিবা পিআর গবর্ণমেন্ট মনুঙদা ষ্টেটনা লুপা লাক্ষ ১৫ খক গ্রান্ট ইন এড পীরকখিবা মদুম্না হৌখিবা চহি ২৫সিদা অমুক্তা পীরক্ত্রি। নিপামচা গবর্ণ-মেন্টকী মতমদা লুপা ক্রোর ১.৫০ পীরনি হায়না তৌরম্বদু গবর্ণমেন্ট কায়খিবদগী অদুম্ তোকখ্রে। চহি ৪/৫গী ওইনা অমুক্তদা গ্রান্ট/লোন ওইনা কেপিটেল শেয়র এসিষ্টেন্স পীফম থোকপদু ঙমদনা লৈরি। কোর্পোরেসনগী অচৌবা অশোয়বদি ষ্টাফ মশীং ৫০গী মখা ওইগদবদু ২৮৭ ওইরম্বসিনি। হৌজিকপুদি ১৩৫ ওইরি। হৌজিক্তি অমুক ষ্টেটকী শেন্থুমগী ফিভম ফত্তবনা সেন্টরনা স্পোন্সর তৌবা স্কিমগী ষ্টেট মেটচিং শেয়র চাদা ১০ পীবা নত্তনা গ্রান্ট/লোন ওইনা কেপিটেল শেয়র ফন্দ পীবা ঙমদনা লৈরি।

<u>রিভাইটেলাইজেসন পেকেজ</u> ঃ শীঙথানিংঙাই ওইবা খোঙথাংদি, কোর্পোরেসন অসিনা *'এক্সন প্লান ২০০২-২০০৩'* শেমদুনা গবর্ণমেন্টদা য়াবিনবা থাগৎখিবা অসিনি। প্লান অসিদা কর্ম্মচারি মশীং ৩৮ খক্তদা হন্থহন্নবা ৱাফম পল্লি। মসিগা লোয়ননা ভলুন্টরি রিটায়রমেন্ট স্কিমগী মখাদা কর্ম্মচারী ৯৩ থাগৎলি। হান্না ৮৩দি অয়াবা লৈখ্রে হায়রি। অকোনবগী ১০ অসিগী মনুঙদা ষ্টেটকী অফবা পাউ নত্তবা অমদি, প্রোফেসনেল টিম য়াওখিবা অসিনি। অদুবু য়াম্না লুরিবদি, অৱা অনা কয়া পুরক্লবা লৈবাকসিগী মনুং-মপান্দা হেন্দলুম-হেন্দিক্রাফটকী মফম কনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লবা প্রোফেসনেলশিং অসিনা থবক থাদোকখিবা হায়বসিনা কম্পনিগী মখাতাবা থৌওংশিংদা অচৌবা শাফু অমদি পীরগনি। মসিনা কোর্পোরেসন্দা শোকহৌগদবা, ৱিভর আর্টিজানশিংদা শোকহৌগদবা অমাঙবা কয়া লৈহৌরগনি।

অদুনা,এক্সন প্লান ২০০২-২০০৩গী মতুংইন্না ষ্টাফ মশীং ৩৮দা হন্থরবদি ষ্টেটনা গ্রান্ট/লোন পীদ্রবা ফাওবদা মশাগী লাকচবা শেন্থোক্লা হিংবা ঙমলগনি হায়বসিনি। হন্দক চথরিবা এসেম্বলি মীফমনসু মশাগী শেন্থোক্লা হিংবা ঙমদবশিং প্রাইভেটাইজ তৌরগনি হায়রিবসিনি। মতমদুদা চহিগী ওইনা তলবকী লুপা লাক্ষ ২১.৬০, *ইষ্টাব্লিসমেন্ট কোষ্ট* লীশিং ৩৮, *মেন্টিনান্স* লীশিং ১৫, অতৈ অতৈগী লীশিং ১৫ ওইবা মতমদা

ইনকম ওইনা ২০০৪-২০০৫ ফাওবদা চহিগী ওইনা পোৎ য়োনবগী শেন্দোংদা লাক্ষ ২৪, *হাউস রেন্ট* অমসুং *সেলস কম্মিসন* লাক্ষ ৮.৭০, কেন্দ্র গবর্ণমেন্টদগী ট্রান্সপোর্ট সবসিদি ওইনা লাক্ষ ৪.৮০ অসিনা পুনশিল্লগা লুপা লাক্ষ ৩৭.৫০ চহিগী ওইনা কারক্তুনা কোর্পোরেসন অসিনা মখোঙ থোংনা লেপচবা ঙমগনি অসিনি। তশেংনমক্তি, কম্পনি অসিবু মণিপুরদা লিংখৎখিবগী মরমদি হেন্দলুম হেন্দিক্রাফট চাওখৎনবগী মিৎয়েংদা পব্লিক ইন্টর্প্রাইজ ওইনা লিংখৎখিবনি। অদুবু মণিপুর গবর্ণমেন্টনা হেক হৌবদগী হৌনা মসিদা শেন পীরকখিদবা অমসুং মসিগী মথক্তা গবর্ণমেন্টনা (গবর্ণমেন্টনা হাপ্পা এমডিশিংনা) কর্ম্মচারি মশিং হেন্না হাপচিনবা, অদুগা ষ্টেট মেটচিং শেয়র থেঙনা রিলিজ তৌবা অসিনচিংবা গবর্ণমেন্টগী মথোঙ হুক্তবা থৌওংশিংনা মরম ওইদুনা কম্পনিগী ফাইনান্সিয়েল পোজিসন্দা শাথীনা শোকহল্লকখিবনি। গবর্ণমেন্টকী থৌশিল শোয়বদগী শোকথখিবা কম্পনিগী ফিভম অসি মথন্নতা হুনগৎচবা ঙমলরোই, গবর্ণমেন্টনা অতম্মনা চিংখৎপা নত্তনা ঙমলরোই। মসিবু চিংখৎনবা পাম্বেদি, *ব্রান টাইম প্রোসেস* ওইনা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা *কেপিটেল শেয়র এসিষ্টেন্স* পীবগা লোয়ননা *'এক্সন প্লান ২০০২-২০০৩'* অসিবু অয়াবা পীবিবনা ওইগনি। থৌওং অসিদগী প্রোফেসনেলশিংনা মথৌ নীংথিনা পাঙথোকচরিবা কম্পনি অসিনা মতুং তাবদা ষ্টেট গবর্ণমেন্টকী মতেং শুকয়াও য়াওদনা মথৌ নীঙথিনা তৌবা ঙম্মা হিংগনি হায়বসিনি। ষ্টেট শেন্মিৎলোনগী য়ুম্ফম ওইরিবা অমসুং ষ্টেটকী শক তাক্লিবা হেন্দলুম হেন্দিক্রাফট য়োকখৎনবা হোৎনবগী ঈহৌসিদা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা মুন্না খন্থবীফম থোক্লে। ❑

## পোইরৈ মৈত্রবাক্কী মীৎয়েংদা

# নোংপোকথোঙ

য়েলহৌঙৈদগী হৌনা চহিচা ১৫ ফাওবগী মনুংদা কংলৈপাক্কী তোঙান তোঙানবা সলাইশিংগী লৈবাক মচা মচাশিং হায়বদি গীক্কী সিটি ষ্টেটকুম্মা লৈরম্বগী তাঙ্কক অদু পুৱারীগী মরু ওইবা মচাক অমনি। (১) মীতৈ হায়না খঙনবা মঙাং নত্রগা নিংথৌজা সলাই, (২) অঙোম হায়না খঙনবা শেল্লোয় লংমায়, (৩) লুৱাং সলাই, (৪) খুমন, (৫) মোইরাং, (৬) খাব-ঙানবা, (৭) শরাং লৈশাংথেমশিংনা চীং অমসুং তমদা পাল্লমখিবগী য়ুম্ফমদা শাগৎলকপা কংলৈ পুৱারীনি। মঙাং নত্রগা নিংথৌজা নত্রগা মীতৈনা অতৈ সলাইবু মায়থিবা পীদুনা মাগী লৈবাক্তা তিনশিনখিবা অমসুং কংলৈপাক লৈশেমখিবগী পুৱারীনি। মরম অদুনা ঙসিগী কংলৈচাশিং অসি মপা মপু অমত্তদগী হৌরকখিব, শক-চু, লোনচৎ-শাজৎ তিন্নবা, ইথনিক গ্রুপশিংনা তিনশিন য়ানশিন্নখিবদগী ওইরকখিবনি। মতমগী খোংলৈ তুংইন্না, নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারম অনিমক্না কংলৈ খুন্নাইদা চুপশিনখিবদগী হেন্না চাওরবা মৈত্রবাক নত্রগা কংলৈপাক ওইনা চীংগী লমদম অসিদা মতিক মঙাল

ফুদোক্লা পাল্লকখিবনি। অৱাংবা চীংদা লৈবা চীংমী কাঙলুপ খুদিংমকপু মতৌ করম্না লৈমিন্নগদবগে হায়বগী মখৌ তাবা লৈঙাক্লোন অমসুং হিংমিন্নবগী ৱাখল্লোন অসি অপিকপা তম্পাকলম অসিদা লৈরিবা তম্মীশিংনা য়োকখৎতুনা লাকখি। মদুতবু লমদমসিগী মীরোল খুদিংনা থেংনরকপা অমদি থৌদাং লৌরদুনা লাকখিবা কংলৈ মীহৌরোনগী য়ুম্ফমনি।

মীরান লায়নীং লাকত্রিঙৈ, শাংলবা চহীচা ১৮ ফাওবগী কংলৈপাক্কী খুনাইদা কাংলুপ, সলাই মশেল মুক্লরম্বগী অমসুং চান্নরম্বগী ৱারী লৈবগুম্না অৱাবদা ৱামিন্নরকপা, চান্ন-চিন্ননা হিংমিননরকপা, ইংরাজীদা 'য়ুনিটি ইন 'দাইভরসিটি'গী পুন্সি মশক লৈরমদবদি নত্তে। তম্পাক লমগী সলাই লৈবাক মশেলগী মরক্তা অদুঙৈ য়েংথিনরম্বা, লালু চোমায় কক্লবা, লুখা থাবা তান্নবগী অকি তুজুংবনা থুম্নৎলবা পুন্সি খুৎহিংগী মহুত্তা চারৌ মৌরৌনবগী পুৱারী ঈচেলদা তাওথরক্তুনা ঈ মরীগী নক্লবা লীপুন্না পুল্লকখিবা পুন্সিরোল অসিবু চীংগী ৱারীদগী নাথৈরকপা তোঙানবা নত্তে। মতৌ অসুম্না নোংপোকলমগী শক্তিশিংগা অমুক হন্না মরী শাগৎপসি অঙকপা নত্তে।

মীতৈশিংনা মশাগী ওইবা শকলোন অতোপ্পদা খণ্ডহন্নবগীদমক অমসুং নোংপোকলমগী শক-চু তিন্নবা ফুরুপশিংগা চেৎলবা মরী থম্নবগীদমক নোংপোকথোঙ হাংখিবনি। অদুঙৈ লমদম অসিগী সলাই লৈবাকশিং নিংথৌজা (মীতৈ)না চুপশিন্দুনা অকনবা শক্তি শাগৎখ্রবা মতুংদনি। অসুম্না নোংপোকলমদা মীতৈনা পোম্লিৎ পোরম কাঙলিঙৈদা অৱানা লাকচবা ঙমলমদে। নোংপোক অমদি খা নোংপোকলমগী চীংশাং পরেংদা খুন্দারিবা তাংখুল, মরীং অনাল নচিংবা কাংলুপশিংবু মীতৈ খুনাইদা তিলহল্লকখিবগী পুৱারী অদুসু নোংপোকথোঙগী শরুক অমা ওইহনখি।

বর্মা লৈবাক্তা ইং ১০৪৪দগী ইং ১০৭৭ ফাওবা পাল্লম্বা খামরন নিংথৌ অনৱারথানা শেমগৎচরম্বা লৈবাক অদু ইং ১২৮৭তা চাইনাগী মঙ্গোল শাগৈনা থুগায়দুনা ১৬শুবা চহিচা ফাওবা অমুক হৌগৎপা ঙমখিদে। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা অৱাং বর্মাগী শক্তি অমা ওইনা থোবকখিবা 'সান-টাই' কাঙলুপ অসিগী পোইরৈদা মীতৈনা নোংপোক থোঙ হাংখি। নীংতম্বা লৈপাক অনিগী লেংথোং মান্নবা মরী থমখি অমসুং চারৌ মৌরৌনখি। মীতৈনা 'সান-টাই'গা তোরোৎ খোইদানরকপা অমসুং মসিগী মাঙদা চিনা লৈপাক্কী মতম অমগী 'মৈ অমদি টি' হায়বা কাঙলুপ অসিগা তোরোৎ খোয়দানরকপগী তাঙ্কক অসি মীতৈগী হৌরকফমগা মরী লৈনবগী মচাক পীরি। শ্যাম লৈবাক্কী 'টাই' কৌবা কাঙলুপ অসিগা কোচিন চাইনীজ 'মোই' কাংলুপকা পুনশিল্লবা মিংনি হায়না বেঙ্গোল এশিয়াটিক সোসাইটিদা ইং ১৮৫৩দা টি.ঐচ. হোডসন্না ফোঙদোকখিবা লৈখি। মসিদগী 'মীতৈ'/ 'মৈতৈ' হায়বা মিঙ্গৌ অসি ওইরকখিবরা হায়বগী ৱাহং ওইদুনা লাকখি।

অসুম্না মীতৈশিংনা নোংপোক থোঙ হাংখিবদগী মীৎশিং নাশিংনা অৱাগী শক্তি খঙদোকখি অমসুং অৱাগী অশোনবা মফম পুম্নমক মতম মতমগী নৈনদুনা, চিনফা পুদুনা লাকখি। ইং ১৪৭০দা মৈদিংঙু ক্যাম্বগা পোং (সান) নিংথৌ চাওফা খিকখোম্বগা অচেৎপা মরী থম্নদুনা অৱাগী শক্তি পীকশিলহনখি। পোং লৈবাক্কী মনিং তম্বা হকপু শৌগৎখি।

১৬শুবা চহিচাদগী ১৮শুবা চহিচা ফাওবা মীতৈশিংনা অৱাবু মায়োক য়াবদা নত্তনা অৱাংথংবা বর্ম্মাগী পোংশিংবু মতেং পাংদুনা লাকখি। মৈদিংঙু মুংয়াম্বা (১৫৬২-১৫৯৭)না পোংশিংবু অমুক মায়থিবা পীরুরবসু মহাক্কী মজাইবুংঙো খাগেম্বনা (১৫৯৭-১৬৫২) নিংথৌ ওইরবা মতমদা পোংশিংগী মরী ফগংখি। মৈদিংঙু পামহৈবনা (ইং ১৭০৯-১৭৪৮) মোংপো অমসুং ক্যাথোন কৌবা পোং নিংথৌ মচীন মনাওবু মতেং পাখি। ইং ১৭৩৯-১৭৪০ দা মেদু তান্না হায়জিন্দুনা অৱাশিংবু মায়থিবা পীরগা মোংপোবু নিংথৌ ওইহনখি। মোংগোং কোনুং তান্না চত্তুনা পোং লৈবাক নীংতম্লে হায়না লাওথোকখি। মৈদিংঙু পামহৈবগী মজাইবেম্মা মোংপো নিংথৌদা থাজদুনা নিংথৌবু হিয়াং তোংহনবা, খুদোল ওইনা দোলাই তাপ্রংঙম্বা খুদোল তৌখিবা, সেকপীন অঙৌবা, স্না থাঙনচিংবা পোং লানখিবগী পুৱারীনা পোংপোক থোঙ হাংখিবগী থোইদোকপা রাজনীতি অমসুং কুটনীতিনি হায়বা য়াই।

টুঙ্গু শাগৈগী বায়িন্নোং (১৫৫১-১৫৮১)না বর্মা লৈবাক শন্দোকপা হৌরকপদা মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা কবোদা চংশিন্দুনা মাংজৌনবা লাল্লোং কয়া শীন্দোকখি। খামরন খাঙবুগা লম য়েন্নদুনা ইং ১৫৬৩দা বর্মা অমসুং মীতৈগী ঙমখৈ ময়েক লানা থমখি।

অসুম্না মীতৈশিংনা পোমীৎ পোরম খঙনা বর্মিজশিংগা ফিভম শেম্নদুনা লাকখি। পোং লৈবাক্তা মীতৈগী খোঙনাও ফাত্তুনা নোংপোক লমগী লৈঙাক্লোন ঈচেলদা য়াওশিল্লকখি। মরুপ ওইরিবা পোং লৈবাক অসি অৱানা খোপচিনখিবা তারবতি মীতৈগী মফমদা অকুবা তাঙ্কক অমা লাক্কনি হায়বসি মীতৈগী চিনফানি। চহিচা ১৮না লাকপদা মীরান লায়নীং নাৎনা মরম ওইদুনা কংলৈপাক্কী পুৱারীবু থমায়বিদুনা পাঙদুম তুমদ্রিঙৈদা মতীক মঙাল লৈনা মীতৈশিংনা নোংপোক হারমদা শক্তি শন্দোকপা ঙমখিবগী য়ুম্ফম করিনো হায়বদুদি অনৌবা মীরোন্না নৈনফম থোকই। লৈবাক্কী শক্তম্না মপুম ওইরবদি মপান লৈবাক্তা লৈনগদবা মরী অদুসু ফবা তাবনি। ঙসিগী থৌদাং চাওরবা তম্মীশিংগী খোঙথাং, পোয়রৈ অরায়বা নত্তো। মীতৈ খুন্নাইদা চুপশিল্লকখিবা মীরানশিংনা ঙসিদি অমত্তা ওইদুনা মপুম ওইবা মাল্লবসু নত্রগা ওইববসু অদুঙৈগী আর্য্য ওনবগী থৌওংশিং অদুদি অৱাবগী মশক্নি। হিন্দু হরাও কুম্মৈগী অথোৎপা নাওশুম পুন্সিরোলদা মীতৈশিংনা নাখোক্তুনা তুমখুন হুল্লকখি। তুন্লিবা খুন্নাইনা লৈখা তাদুনা মরায় চায়থখিবা মশানা তাজরবনি।

অসুম্না ঙসিদি মতমগী অহোংবনা তান কায়হল্লবা লৈবাক্কী থৌরমশিং চয়েৎ চনৈননা লৈহৌবা য়াওরি। মীতৈ জাতি শাগৎপগী য়াকাইরোল শক্লম্বা থৌরমশিং অমসুং হুইয়েন লাল্লোং লান্দম্বগী কংলৈ নাৎশিং অসিনা অনানবা লম্বীদা মমা ওইবীগী 'হৈনা তুংইনবা' ঙমদনা লম্মাঙনখিবা তারকখি। চীং তম পুন্সিরোলগী শক্তম পুবী ইমাগী অরেপ্পা মশকপু অনৌবা মীরোলগী খুথাঙদা জাতি অসিদা শক্তাকপা ঙম্লবদি মদু জাতি অসিগী অপুনবা তেমথেং (ওর্গেনাইজদ নেসনেল লাইফ) অমা পীবা ঙম্লে হায়না লৌবা য়াই।

লৈহাও চেল্লুদ্রবা অহল্লোনশিংদদি তেমথেং অসিগী ময়োল কংলুরবসু ঙসিগী অনৌবা মীরোন্না, তেমথেং অসিগী পাঙ্গল পীবদি ঙল্লগনি। মকুম মথা য়ৌরকপদা তেমথেংসিগী য়েন্নিং লাক্লগনি। লোয়লম লৈঙাক্লোন্না তুহৎপীরবা, নমথবীরবা, খোঙ্গোইনবীরবা লমদমসিগী চাকথুং ফিথুংদ্রবা চীংমী-তম্মীগী অমত্তা ওইবা লীপুন চেৎশিন্নবগীদমক অরাপ্পদা অনকপদা তোয়না তোয়না য়ৈরক্লিবা পুংলোন-পুংখোলশিং অসি তারুরগা তেমথেং অসিনা ঙসিদি পাউখুম পীদবা য়ারক্লরোই। ❑

## মৈত্রবাক্কী খুনাইদা চুপশীনখ্রবা

# মীতৈ পাঙল

পাঙল হায়বা ৱাহৈসি 'বাঙ্গাল'দগী থৈথরকপনি। অদুঙৈগী মীতৈ ইপা ইপুশিংনা নুংশিনা কৌবিখিবনি। মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তক্তা মীতৈ নীংঙোল পীদুনা খুন্দা লৈতাহনখিবা নোংচুপ হারমগী শিন্নাইবশিং অমসুং লান্মীশিংনি। কোল হৈবা, চফু শাবা, ফি শুবা, পুং য়ৈবা, সনা শাবা, নুং য়েকপা, য়োৎ শুবা থাংজমনচিংবা কয়া য়াওনা মীতৈগী অনৌবা য়ুম্নাক পীবীদুনা খুন্দাহনখিবনি। খরদং পল্লবদা চেশম, খুল্লাকপম, পুখ্রিময়ুম, দোলাইপাবম, লবুকতোংবম, শাজৌবম, মনশম, বাশীময়ুম, কুসম, উরুপময়ুম, য়ুমখাইবম'নচিংবা স্না কোনুংনা পীবিদুনা মীতৈ ফুরুপ শাগৎপগী শরুক য়াহনখিবনি। লৈবাক নিংথৌগী ৱা তাদনা মীতোপ মীরানগুম্না লাক্লগা লৈখিবা নত্তে। কংলৈ খুন্নায়দা চুপশীনখ্রবা তুংদা 'হেন্না চাওরবা কংলৈপাক' (গ্রেটর কংলৈবাক) লিংখপিদা শরুক য়াবা ঙম্লকখিবা লেমজনিংঙাই ওইরবাঐখোয়গী ঈ মরীগী ইপাচা ইচিন্নাওশিংনি।

ঙসি মণিপুরদা মখোয়গী খুঙ্গং মশিং ৮০দগী তাদ্রে। শাগৈ ৪৮ অমসুং মীশিং লাক্ষ অনিমুক্লা তম্পাক্কী লৈহাও চেনবা লমদমদা খুন্দাহন্দুনা ষ্টেটকী মীশিংদা শরুক তরানিথোই থোকপগী অমা ওইবা ঙম্লি। মীশিংদা য়েংলবদি জিলা অমা শেম্বা য়াবগী থাক লৈরে। চিংখবা ঙম্লোইদবা পুৱারীগী তাক্কক কয়া থোকখিবা লৈ। অদুঙৈ চহি তরেৎ খুন্তাকপদা মীতৈগুম্না চৈথেং ফংমিন্নখি। লাঞ্জেন্নখিবা মীতৈ পাঙলশিংনা কছার জিলা, নওগাও জিলাগী হোজাই, ত্রিপুরা, সিলেট অমসুং ধাকাগী মফমশিংদা চোইনা খুন্দাখি। মণিপুর ৱাংমদা পুন্না খুল মশিং ৪৭ রোমদা মখোয়না ঙসি ফাওবা খুন্দাদুনা মীতৈরোল ঙাংদুনা মীতৈ পাঙল ওইরি হায়না অথাপ্পদগী লাকপা খোঞ্জেলশিং তাবা ফংই।

হৌখিবা চহি ৩৯১দগী তাদনা চীঙলৈবাক অসিগী তম্পাক লমদা ঈ মরীগী ইপাচা, ইচিন্নাও ওইবা মীতৈ পাঙলশিং হিংমিননরকই। লমদমসিগী তোপ-তোপ্পা লম্মিৎ-

তুম্মিৎকী ঈশিং নুংশিৎনা লু-তোং শাগৎপদা য়াওরক্কুনা মীতৈ পাঙল ওইনা খুম্হোরকপা হৌখি। লাইনিং লাইশোন, শক-চু খেন্ননা লমলাল্লকখিবা ওইরবসু মহৌশাগী অনৌবা কুয়োম্মা চুশিন্নহন্দুনা কংলৈ খুনইদা চুপশিনবা হৌরকখিবগী নুংশিরবা মীতৈ পাঙলগী পুৱারী অদু খুন্নায়গী অপুনবা পুন্সিনা মতম খরগী ওইনা লৎনরুরে। অদুঙৈ ইমা মরীদগী শমথরকপা চারোন শুরোনগী ইপাচা ইচিন্নাও ওইবা মরম্মা নুংগী ইহুলবু নকশিন্নবা ফাওহল্লিবসি করম্মা, কয়াম কুইনা লোৎশিনবা ঙমগনি? লংফৈ খোঙচৎ মীরৈবাক্তা থেংনবদা কনানা কৌবা হানবগে?

লৈবাক্কী অপুনবা শক্তমদা থৌদাং লৌমিন্নরকপগী শীঙথানিংঙাই ওইবা ফিরেপ লৌদুনা অমসুং ঙমজবা তেংবাং পীনদুনা লাক্লিবা অসিদগী হেনবা মমলবু করিনো? মখোয়গী ফীজেৎ চাকচা লু-নানবা, মী কোনশিনবা, তিন্ন-তোৎন হৈবা মহৌশাগী অমাঙ-অতা ওইবা মৈহৌ লাংপোক, ঈশিং ঈচাওদা ঐগী মীগী খায়দনা মাঙ থাবা তান্নবা অমসুং য়ুম্বাল কৈবাল নানবসি ওম্হোক্না চাওথোকচনিংঙাই ওই। খুন্দা লৈতারোনগী খোঙকাপ য়াঙলবা মাঙদা চৎখৎপা ঙমজদুনা খুদুং ইনবা ৱারগদবা মীতৈ পাঙল খুম্হোবকপগী মীহৌরোল অসি মীতৈ ইপাচাশিংনা শীঙথাদুনা লাকখিবনি। ম'সিদগী হেন্না তমজনিংঙাই ওইবা মীতৈ পাঙলগী লন্নায় পুন্সি অমসুং অপুনবা খুনাইগী পুন্সিরোল কয়া কয়া চিথহৌরি, শীঙথাদুনসু লোইরোই।

হরাও কুম্মৈ, মপাম্হোংগী অরং অরাক্তা খুরুপ থারক্লিবা মীতৈ-হিন্দু খুনাইগী পুন্সিরোলনা মরম ওইদুনা নোংমা নোংমগী মখোঙ থোংনা লেপচবা ঙমলক্তবা ইমুংগী মীশিংনা চেঙ্গুম শানা চোংখৎলক্তুনা লৈবাক্কী শেম্মীৎলোন্না পীরক্তদবা শাফু অদুগী অকিবা ফাওজরবা মীতৈ পাঙলগী পুন্সিরোলনা শেম্হোক য়েংনা মশা ইকপা ঙম্মা হরাও কুম্মৈ অমসুং ময়াই কাবা পুন্সি মশক্তগী নাথৈনবা ইসলাম লাইনিংগী *হলাল* অমসুং *হরাম*না য়াচল থাংবা পন্সিরোলদা মশা তাশিন্না খুম্হোকচরকপা অসি মমল য়ামখ্রবা খুন্নায় অসিগী পারা ওইহৌরগনি। অসুম্মা লন্নাই পুন্সিশিংবু অকক্লবা থকশি খাশিগী ফীবান্দা মায়ওন পীবগী চৎন-পথাপ য়াত্তুনা পুথরকখিবা মীতৈ পাঙলগী কনশেপ্টনি। ৱাখল্লোল অসি চেকশিন্না পুরদুনা  লাইনিং লাইশোল অমসুং ফুরুপকী আইদেন্টিটিদগী লম্মাংনদনবা লম্বী ফাত্তুনা লাক্লিবনি। অমত্তগী লীপুন্না কোনশিনবা হৈগন্দবা মীতৈ খুন্নায়বু এক্সক্লুজিভিষ্ট হিন্দু চৌভিনিজম্মা নারেং চন্দুনা হুমদুনা পুরুবদগী মতম খরদি খোঙমান লেংমান্নদ্রি হায়না পুক্কৌ পারৌরবা মীতৈ পাঙল খুন্নায়না অখাকপা খর থল্লুরবা মাল্লে, খল্লুবদা পুক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইরি। শোক্ল-শম্নহন্দবা লাইনিংগী অপঙ থাজনা হোৎহ্লিং চনখ্রবা খুন্নায় অসিনা অতোপ্পা ইচিন ইনাওশিংদগী য়াম্মা তোপ্না, য়াম্মা লাপ্না মীরান লোন ঙাঙদুনা নোংম নোংমগী লাপথোক্লুরে। ঙসিদি হন্না য়েংথোক্লুবদা পুংলাপ লাপ্লন্লে।

পুন্নমক অসি ঐখোয়না মহেল্লে হায়বা হিন্দু লাইনীংগী নাপলনা মীতৈ খুনাইগী লু-তোংদা মহীক ওন্দুনা খায়দোক খায়জিলগী লীলা শান্নবগী মহয়নি হায়বদি অতোপ্পা কাঙলুপকী মিংনা উবদি ব্রাগনি। লাইনাও লাইজাওগী অপঙ থাজনা উংদুনা লাই তোংলুবদগী খুৎ থারবা মায়বীনা লাইফাও খঙহৌদে হায়বগুম থোক্লরবা মীতৈ খুনাইগী অশোনবা মফমশিং ময়েক লারক্লবদা, মশিং য়ামখৎলক্লবদা অকায়বদা ঈশিং চংবগুম শনি শয়তান কয়াগী মীৎয়েং চঙবা হৌরকখি। খায়দোক খায়জিলগী শিল্পা পাঙলিবা লোয়লম লৈঙাক্লোনগী অরেম অপা চাদুনা হিংহৌরিবা মহীক খরনা খুনাই অসিগী তোংশা শেত্তুনা চাগদবগীদমক্তা ঐগীনি মাগীনি হায়বা কান্নদ্রবা মোন্দ্রঙ শান্নদুনা মুন্নবা হৌরকপগী শাফু ফংবা তাখি।

অসুম্না নুংশি চান্নবগী লীপুন্না কোমগোম চৎলিঙৈদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ইং ১৯৯৩ মে থাগী চৈচৎ অহুমদা নীংশিংনিংদ্রবা মীশি মীনাগী থৌদোক অদু থোকখি। তোকঙাগী লাং থাক্তুনা চমজরবা পুন্সি কয়া কয়ানা থৌদোক অদুগী খয়াত্তা তাখি। তশেংবমক্তি থৌদোক অদু 'কাঙলুপ লান' ওইখিদে। মীওই খরনা তোকঙা শন্দোক্লদুনা থোকহনখিবা থৌদোক্নি। মফম অয়াম্বদা খান্নবা অমসুং কন্নখিবা কয়া লৈখি। মীয়াম্না নুংঙাইতবা নীঙমদবগী হায়নিংঙাই লৈখিদে। চেন্নবা মীওইশিং চৈরাক ফংহন্নিংবগী অপাম্না মীয়াম্না ফোঙদোক্লখি। অপিকপা কাঙলুপ ওইরিবা মীতৈ পাঙলশিংনা ফংখিবা অচৌবা চৈথেং অসি 'বিগ ব্রদর' ওইরিবা মীতৈশিংনা ওন্থোক্লা নীংঙমদবা ফাওহৌরি। তোকঙানি খঙনহৌদবনা থোকখিবা লাইবক থিবা থৌদোকনি অদুবু অমুক হন্না থোকপসু ঙম্নরোই, মরমদি নুংশি চান্নরবা লীপুন অমনা মদুগী তুংদা কাঙলুপ অনিবু চেৎনা পুনশিনখ্রে।

লৈবাক অসিগী অচেংবা-অশোনবা মফম থিরিবা মনুং অমসুং মপানগী য়েক্লবশিংনা শেলগী মীকাহন্দুনা লুপ শেমহল্লগা এন্টি মীতৈ পাঙল নত্রগা এন্টি মীতৈ শাগৎলকপা য়াই। লমদম অসিদা খায়বুং খায়বুংনবগী হু কামলিবা শয়তানগী মশক পুবা য়েক্লবশিংনা খুৎ থাবা হৌখিবা কুইরে। চেকশিলহৌদবা মীকুপ্তা লমদম অসিগী মচিন মনাও, মপা-মচা পুন্নমক ঈগী ঈপাক্তা লুপমিন্নদুনা কোঙ্গোলগুম তাকখিনবা মখোয়না শিল্লি হায়বসি কৈদৌনুংদা কাওথোক্লোইদবনি। অনৌবা ব্রারেপ লৌদুনা চঙশিনখ্রবা খোঙজংগী অহৌবদি খোঙকাপ অমখক্তংনি হায়না লায়থোক্কল্লি অদুবু পস্থুং তাল্লকপদা খোঙথাংনা য়াম্লকপগা লোয়ননা পুন্সিগা শেত্তোক খাদোক্লবা য়াদ্রবা লাইবক অমা ওইগদৌরিবনি। মতম অদুদা ইশাগী অপাম্বা ওন্নখ্রে হায়না হন্দোক হঞ্জিন তৌরুবা য়াবা নত্তে। ইশানা শেমজবা ইরাইবকনি হায়বা রিএলিটি অদু মতম্না লোইরবা কান্দা মুন্না খঙলুদুনা করিবু কান্নগনি ?

ঐখোয়না কাওরোইদবদি, খায়দোক খায়জিলগী শক্তিনা মশিঙ্গা থোক্লা লাওরকপদা 'পুব্রারী' না তুমিন্না লৈশিল্লি হায়বদু ঙবাংগী ব্রানি। ঙসিদি য়াররোই। মচেৎ মকাই তানিংবা কম্যুনেল ওইবা হীগায়ব্রাগী শাফুনা চেম্থুদুনা খুনাই অসিবু মতম খরা হুমদুনা পুরন্নবসু মদু

মমাঙগী ৱানি, মদু মপাম্বোংগী কুরাংবান্দা খোগায়বগুম্বনি। য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মপু ওইমিন্নবগী ৱাখেল্লোন নাওয়োক্তুনা হৌমিন কামিন্নরকখিবা চাঁওমী-তম্মী মীয়ামগী 'সাইকে' ...সিবু শেরান্নরা ৱাহম্বোক পীনবা হোৎনরিবা মোনদ্রঙ শান্নবশিংদা থাজরুবা চুন্নরোই।

চহি লিশিং কয়াগী লিরবা পুৱরীনা থৌগল ফংজরিবা ইমা মণিপুরগী পাঙ্গলদি মখোয়গী মথক্তা হেনগৎনা লৈ হায়বসি মখোয়দি উজরোই। শক্তি লৈজবগী মতিক ইমাগী লীপুনদি থোং নৌনা কোনশিঞ্জবনি। থোং মেংলবা ইমাগী লৈহাও অসিদা ফেসন তৌরিবা 'ইমা লৈবাক্কী লীপুন' অসি তিংথোক্লিবমখে হেন্না হেন্না উইবা অমসুং চৈথেং পীরিবা মখে হেন্না হেন্না ফুদোংলকপা *'অমাঙ অতা লৈঙমদ্রবা পুৱারীগী লীপুন'* হায়বদুনি। ❑

# নুপী ঈহৌদা শীঙনরকপা

মণিপুরি নুপী ঈহৌ অসি ইন্দিয়া ৱাংমা লান্না মালেম্না শকখঙগ্রবা থোইদোক্লা মমল লৈবা ঈহৌ মখল অমনি। ইন্দিয়াগী স্পোর্টস এরেনাদা মণিপুরি নুপীশিংনা কল্লিবা মফম অমসুং মালেমগী কলচরেল এরেনাদা মণিপুরি ক্লাসিকেল ডান্সনা মফম কনবগুম মণিপুরগী নুপী ঈহৌনা লৈঙাক ৱায়েল, নাৎ অমসুং শেন্মীৎলোন/ শেনবালোন্দা চাউনা শরুক য়াবদা নত্তনা মণিপুর পুৱারীগী মায়কৈ লেপ্লগী থবক তৌরক্লি। করি অমুক হায়গনি, ১৯ শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা তাঙ্কক্তা বৃটিশ লোইলম লৈঙাক্কী মখাদা লৈরকখিবা মতুংগী ইন্দিয়াগী ফীবান্নুংদা চঙহনখ্রবা মতুংদা চত্থরকখিবা এন্টি পিপল ওইবা লৈঙাক ৱায়েলগী মায়োক্তা মণিপুরী নুপীশিংনা চোংথোক্তুনা ঈহৌ অমা ওইনা হৌদুনা লাক্লিবনি। অসিগুম্বা লানফম অসিদা মতীক মথৌনা লৈ হায়নরিবা মণিপুরি নুপাশিংনা চঙশিল্লুবা য়াবা মফম নত্তে। অদুক্কী মতীক লুবা জাতিগী ওইবা অকক্লবা লম্বীদা পরীং চুম্না লাক্তুনা জাতিগী পুৱারীগী মচাকশিং মপোপ কায়দনা পুথরক্লিবা অদুগুম্বা মমল লৈরবা নুপী ঈহৌনি। মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না মসিগী চন্নফম কয়ামুক লৈ হায়বসি খঙনরকপদগী অসাম, মেঘালয়নচিংবা লমশিংদা মৈরা পায়বী লিংখৎনখিবগী পাউ তারি। কোলকটাদসু মৈরা পাযদুনা রেল্লি চৎখিবগী পাউ তাই। অসুম্না, মণিপুরগী নুপী ঈহৌ অসিনা জাতি অসিগী তুংলমচৎ পীরিবা অমদি নেসনেল ক্যাইসনবু ৱাখৈরিবা অদুগুম্বা মমল লৈবা ঈহৌ অমা ওইনা ঙসিসু লেপ্তুনা চত্থবা ঙল্লি।

মস্বাইদা নীংশিংবা য়াবদি, নুপী ঈহৌ অসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা পোইরৈ লমদম কংলৈপাক্কী খুনাইদা মপাল মরা তাদুনা লাকখ্রবনি। ট্রেডিসনেল ভেল্যু লৈজবা মরমনা

মসিগী শাফু লৈজবনি অমসুং অপুনবা খুনাই অসিনা ঙসি অচুম্বা মায়কৈ পাংবা ঙম্লিবা অমদি মখা তানা জাতিগী ওবেজক্টিব ওইবা পান্দম তান্নবগী আশা তৌরিবসি লীক্লমচংনা পীরকপা ঈহৌ অসিগী মপান্ননি। অদুঙৈ চহী তরেৎ খুন্তাকঙৈ নুপীশিংনা শিবা কিদনা ঈহৌ শাগৎখিবা, ইং ১৯০৪, ১৯৩৯ গী নুপী লান কংলৈ লীক্লমচংনা খুদোল তৌরকখিবা নুপী ঈহৌগী শরুক ঙাক্তনি। মণিপুর পুৱারীগী থেঙথরক্লবা তাঙ্ককশিংদা সাফোঙলকখিবা নুপী ঈহৌ অসিমক মণিপুর পুৱারী হৌদ্রিঙৈদগী হৌনা অদুঙৈ লৈশেম নোংশেমঙৈদগী লাই নুরাবীশিংনা লৌরকখিবা রোল মোডেল অদুমক চাথাঙ-শুথাঙ মীরোল মীরোল খুদিংগী চত্থরক্তুনা লূ-তোংদা পক্তুনা ঈগী ঈচেন্দা ঈতিন্দুনা ঙসি ফাওবদা লাকখিবনি। পুৱারীগী মমল য়াম্লবা লীক্লমচং অসিনা মৈফম ফুঙ্গা ওইরগা মৈশেঙ অসি ঙসি ফাওবা য়োক্তুনা লাক্লিবনি। মসিমক্লা জাতি অসিগী থম্মোয়বু মৈশা পীদুনা তগৎ-তগৎ তেক্লা য়েলহৌঙৈগী পরিং কায়দনা পুথবা ঙম্লিবনি।

অসিগুম্বা ঈরমদমগী ওইবা মগুণ লৈবা লীক্লম অমা পুথরিঙৈ চৈরকসিদা, মালেমগী নুপী ঈহৌ অমা মার্চ ৮ দা সাফোঙলক্লি। মসি থোইদোক্লা অফবগী খুদমনি। থবক শুবী, নুপী শিন্মীশিংগী খুৎশুমল মতীক চানা পীবীদবা, মতম শাংনা থবক শুহনবা অসিনচিংবা নুপীদগী ওইবা হীরমগীদমক ইং ১৮৫৭ তগী হৌনা মরুওইনা ইং ১৯৭৫ দা য়ুনাইটেড নেসন্সকী লমজিং মখাদা মার্চ ৮ বু নুপীগী নুমিৎ হায়না পাঙথোক্তুনা লাক্লি। মসিনা ঈরমদমগী নুপী ঈহৌদা থৌনা য়াম্না হাপ্লবসু খেৎনবা অমনা, লমদমসিগী ঈহৌদি নুপীখক্তংগী ওইবা হীরমদা নত্তে, লৈবাক্কী ওইবা হীরমশিংদনি। খেৎনবগী চাং য়াম্না ৱাংঙি। মালেমগী নুপী ঈহৌনা মোং-হাদনা শীৎপা মালঙবনি, মায়কৈ অমত্তদা হুন্বা মলয়ানি। ঈরমদমগী নুপী ঈহৌনা লমজাও খোন্না নৈথেক্তুনা শীৎপা নোংলৈ নুংশিৎনি, পান্দম ফংদবা য়াবা নত্তে। মসিনি খেৎনরিবা, সমুদ্রগা লাঙ্গোমগা। ঙসি ফাওবদা ঈরমদমগী চনুরা কয়ানা কত্থোকপগা লোয়ননা মাঙজীল থংনা ঈহৌ তৌরকখিবশিং অসি লৈবাক্কী ওইবা ৱাফম ওইবননি। ঙসিমক চহী মরি হেন্না চরা হেল্লক্লিবী ঈরোম চনু শর্মিলা ঈরমদমগী নুপী ঈহৌগী হায়বদি লৈবাক্কী ঈহৌগী শরুক অমনি।

হৌজিক লাক্লিবা ৱাফম্না, লীশাঙ শিংনা চত্থরক্লিবা নুপী ঈহৌ অসিনা ঙসিগী হেন্না মুক্লবা থোরক্লবা মতমসিদা শাফু লৈনা চত্থবা ঙম্লিবরা হায়বসিনি। হৌখিবা চহী খরা অসিগী মনুংদা মৈরা পায়বীশিংনা লৈবাক খুন্নাইগী থবক্তা শরুক য়ারক্লিবা খিবিক অসিগী হায়রুরবদি, নুপী ঈহৌগী গেপ লৈতে, মখা লেপ্তুনা চত্থরি হায়বসিনি। তৌবদবু মায়পাক্লা চত্থরি হায়বদি ঙমদবা লৈ। পুৱারীগী লীক্লমচংনা খুদোল তৌরকপগুম্না নাৎ, শেন্মিৎলোন অমদি লৈঙাক ৱায়েল্লোনগী মরীদা নুপী ঈহৌনা মায়পাক্লা য়ৌশিনবা ঙমদনা লৈরি। খোঙলৌবা অসিগী মরম য়ামখ্রে। মসিগী মরুওইবা

মরমদি রাজনিতিগী ইথিল চঙনরকপা অমসুং নুপী লূপশিংগী থবক থৌওংদা অশোয়বা লৈবদগীনি। পোলিটিক্স তৌবা লুচিংবনি হায়বশিংনা শেন্থুম থাদবা অসিনা নুপী লূপশিং অসি শোয়দনা লৈক্রক চৎহল্লি। মস্বাইদা য়াম্না চেকশিনফম থোকই। মরমদি মসিনা নুপী ঈহৌদা খ্বাইদগী চাউনা শীঙনরি।

মসিগী হেক মথঙদা, ঙসি লৈবাক মীয়ামগী য়াইফবদা যুম্ফম ওইদ্রবা লৈঙাক রায়েল অসিনা নুপী ঈহৌবু ফীবুন নমদুনা থম্লবা হোৎনরি। মীয়ামগী ঈহৌ পুথরিবা নুপী ঈহৌবু শাথীনা শীঙনরি। মসিগী ময়েক লারবা খুদমদি, লমদমসিগী চনুরা কয়া কয়া লাম্মীগী খুত্তা মীওৎ-মীনৈ নংলি, ইজ্জৎ মাঙলি, পুন্সি ফাওবা মাঙলি। মদুগীদমক্তা ষ্টেট অসিগী লুচিংবনি হায়বা লৈঙাকপা ফম্নাইবশিংনা মতীক চাবা চৈরাক মতম চানা পীদুনা ৱারকপা ঙমদে। অৱাবা তারবী চনুরাশিংগীদমক তৌফম থোকপা করিসু মশানা খঙনা তৌদে। য়াম্না ঙক্লিবদি, নুপী এমএলএ অমা লৈরবসু অসিগুম্বা নুপীগী থম্মোই শোক্লবা থৌদোকশিংদা মোত অমত্তা ফাওবা পীবা লৈতে। গবর্ণমেন্ট পায়বা য়াওরবসু, নুপীদা শোক্লবদি করি মরমগীনো হায়না হংলকপা, মোত পীরকপা হায়বসি হৌনৈ। সেনিয়র মিনিষ্টরশিংনা ব্যবহার তৌনিংঙাইনি।

লুরিবদি, মচে-মচলশিংগী ইজ্জৎ লৌবা ঙম্লকপা লো এনফোর্সিং এজেন্সি ওইরকপসিনি। তুক্কচরবা শক্লোনশিংসি নেও-কোলোনিয়েল লৈঙাক্না পীরকপদা ঙসিগী মীয়াম পূম্বা খোয়রাঙ খোয়শাওনহল্লে। মীয়ামগা শম্নদ্রবা লৈঙাক অসিবু শৌগৎলগা মচে-মচলশিংবু লৈখা তাহল্লিবা জাতিগী য়েক্লবা ষ্টেট টেরোজিরম অসিনা মীয়ামদা পীরিবা অকি-তুজুংবা, খোয়রাঙ খোয়শাওনহনবা নুংশিৎ নুংশা অসিগী মরক্তা হৌগৎলকপা অনৌবা মীরোন্দি কদায়দগী অফবা ওইরক্কনি। লম্মন খুম্নিংবগী ঈ খৌরাংবগা লোয়ননা পেন্দবগী মৈশা লাংনা চাউরকপা তাবনি, খুন্নাইগী ঈচেল ওইরকপা তাবনি। অমরোমদনা মীওৎ মীনৈ চথবদা শরুক য়ারিবা মীওইশিং অসিগী পাপকী মশক ওইরবা ঈ অদু মচা মশুদা শিন্নরমগদৌরিবনি। চেকশীলহৌদ্রবদি মতমদুগী মীরোলদা ঈমু-নাইমু তানগদবা শক্লোনদি ঙসিদগী থোইনা হেনগদৌরিবনি। খিবিক অসি ঐখোয়গী ঈহৌনা মরুওইনা নুপী ঈহৌনা হকথেঙননা মায়োক্লগদবা ঙাক্কনি। হৌজিক্তি মতম চানা য়ৈহৌসি। হুরানবা মতুং মৈরীংগুমশি। ষ্টেট টেরোরিজমগী মশোঙ ফল্লিবসি লাকথহৌদ্রবদি, পুৱারীগী অরোয়বা চাংয়েংদা থোরক্লিবা শীঙনবশিং অসিনা লাকহৎখিদুনা জাতিগী মৈশেঙ শঙলিবী নুপী ঈহৌগী শান্ম পাঙ্গল মৱাক চামলক্কনি। মতমদুদা ইপা ইপুনা ঙসিগী মীরোলদা শিন্নরম্বা মণিপুরী জাতি অসি মপোপ কায়দনা তুংগী মীরোলদা শিন্নরম্বা ঙম্লক্লোই। ❑

# কঞ্জ্যুমরগী ঈহৌ

## লমদমসিদদি শিদ-হিদাক্লি

লমদমসিদা কঞ্জ্যুমর ঈহৌদি হৈনা খোঙনৌরি। মীতোপকী পোখোক্না কৈথেল কাদুনা লাকখিবা চহীচা অমা হেল্লক্লে। পিন অমদগী কার ফাওবা মীতোপ পোখোক ওইরি। পোৎনা মমল য়াম্বা হেল্লিবমখৈ খুন্নায়সিদা অচৌ অশাংগী থাক ওইহনবগুম তৌরি। শেঞ্জা থুমজা তৌবতনা শেঙ্গাও চোল্লবা সাহেব সাবশিংনা ক্যু লুচিংদুনা চথরিবা মোনোপোলি মার্কেট অসিদা ক্বালিটি, ব্রান্দ কয়া য়েংশিনবা তৌদনা পংলৈ লৈবগী মতৌদু মীচম মীয়াম্না চথহৌরি। কঞ্জ্যুমরিজমনা লমহাংদা লাউদুনা লৈহৌরি, মীয়াম্না তাবা হৈত্রি।

শেম্ঘোক লৈতবা লমদমসিগী মীয়াম্না কঞ্জ্যুমররিজম ভাব তাদনা লৈরিবমখৈ মশাগী কৈথেল লিংবগী ব্রাখল থাপখিনি। মণিপুরনা ভারত্তা হেক তিনখিবদগী শেল থুমগী ফীভম অসি নোংমা নোংমগী শোকচিনবা হেল্লকই। অমোৎপনা থল্লবা ভারতকী পোলিটিকেল সিষ্টেম অদু লাকখিবদগী মণিপুরীশিংগী পুক্সি মহিংদি ঈশিং ঈমায়দা তাউবা কঙগা পাংখক ওইহৌরি। মসিবু য়েংশিনবীনবা ঐখোয়গী ওইবা মীহুৎকী লৈঙাক ব্রায়েল লৈতবগুম তৌরি। ঐখোয়গী রাজনিতি হায়ববু ভারত সভ্যাতানা পুদুনা লাক্লিবা তাংজ নপচদুনা হিংবা পুক্সিরোল অদু ফঙহৌবনা ওইবা তারি। ঐখোয়বু শান্ননিংবা মওংদা শান্নরিবা মপালগী ললোনবশিংবু মরূপ ওইশিনবনা ঐখোয়গী রাজনিতি ওইরি। মমলদা কুশি তৌবদা নত্তনা চান-থক্লবা পোৎলম কয়াদা পোৎয়ান তৌরিবা, নকলি তৌরিবা, টেক্স থিদ্রিবা, কঞ্জ্যুমরগী পুক্লিং হকচাং শোকহল্লিবা শক্লোন অসিদা মীয়ামগী মীহুৎনি হায়রিবা লায়রবা মীয়ামগী অফবা তৌগনি হায়না ব্রাশকখিবা লৈঙাকপশিংনা ঙসিদি তুমিন্না য়েংদুনা লৈরি। অমরোমদা মতমসিগী কৈথেলনা মরৌ লৈরকপদগী ললোনপোৎ নকলি তৌনরকই, মখল মথেল তৌনরকই। শাপোন মত্তদা ব্রাণ্ড ১০০গী মথত্তা লৈ হায়নরি। করম্বনা ফরিবা করম্বনা অশেংবা ওইরিবা ! ইচম চমজবা কঞ্জ্যুমরশিং ককজাওনবা মতম ওইরি।

অমরোমদনা, মতম হেল্লবা অপুম্বা পোৎ য়োনবগী, কৈথেলগী অকোইবদা হকচাং শোক্লিংঙাই ওইবা অমোৎ অকাই, নমথীবা মনম চেনবশিং অসিদং কোকহনবা ঙম্বা রাজনিতিগী লুচিংবা থোরকত্রি। ভারতকী কৈথেলদি মেন্যুফেকচরর-দিষ্টিব্যুটর-রিটেলর অহুম পুন্না চৎমিন্নবা অনৌবা নোমনা অমা ওইনা শক্তি লৈনা চথবা অমা ওইবনিনা, মদুদা ঐখোয়গী লুচিংবনি হায়বশিং, ফমজাও পায়বশিংনা শৌগৎতুনা লৈবনিনা, হায়রিবা ফীভম অসিদগী হেনফদ্রবা মাগী হৌনবী মশক ওইরবোই নীংনদুনা লৈরি। মোনোপোলিগী কৈথেল অসিদা কঞ্জ্যুমরগী অনীংবা অপাম্বা নমশিন্দুনা থম্বীরি। আইনগী ওইনদি -

*'দ মণিপুর কঞ্জ্যুমরস প্রোটেক্সন রুলস ১৯৮৯'* চৎনখিবা লৈরে। *আসাম সেলস টেক্স এক্ট ১৯৪৭* অদু মণিপুরদা পুশিল্লক্লুনা কুইনা চৎনরম্লবা মতুংদা *'দ মণিপুর সেলস টেক্স এক্ট ১৯৯০'* শেমদুনা ১০।১২।৯০দগী চৎনবা হৌখি। মতম খরগী মমাঙদা প্রাইস ফিক্সেসন কম্মিটি হায়বা অমা লৈরম্লদু ঙসিদি লৈবা উদ্রে।

পোৎ চৈ মমল লেপ্পগী, হিদাক লাংথক চাং নাইনা য়োলহনবগী অমসুং অকক্ল বা নিয়ম শেমহনবগী অমসুং এদভর্টাইজ তৌবদা লম হেন্দোকহন্দনা থম্বনচিংবা খিবিক অসি করিসু কান্নদনা লৈরি। রিটেলর দুকানগী অয়োনপোৎ খুদিংদা রিশিপ্ট পীদনা, লোকেল টেক্স লৌদনা য়োনবদা সরকারনা টেক্স লৌদবা পোৎশিংদা রিটেলদনদি লৌবা কোঙ্গায় অমসু য়াওরি। অদুগা সরকারনা লৌবা কয়াসু রিশিপ্ট পীদবনিনা সরকারদা কাবগী মহুত্তা শেঞ্জাও পায়বা ডুকান্দারগী ফুরিৎখাওদা চঙখি। মদু ঐখোয়গী মাঙজবনি হায়বসি কঞ্জ্যুমরগী হক তানবা হৈত্রিবা ঐখোয়না খঙদবগুম তৌরি। অদুগা 'ৱেথ এণ্ড মিজর' গী মান্নবা অদুফাওবা মপুংফানা খঙনদ্রি। পোৎ লৈবখক্লা নাইতোম তাহৌরগা অতৈ মীওইশিংনা য়েংদুনা লৈথোকপগী ভাবনি, কঞ্জ্যুমর খুন্নায়গী মনুংদা মপুম ওইদবগী খুদোংচাবা লৌনরি।

লৈবা য়োনবগী ৱাফম ঙাক্তা নত্তনা, কঞ্জ্যুমর ঈহৌগী মরীদা মালেমগী অতৈ লৈবাকশিংগী শক্তম চাউরাক্লা য়েংমিন্নবা য়াই। নোংচুপলমগী দিমোক্রেসি চৎপা লৈপাকশিংদা কঞ্জ্যুমর ঈহৌনা ঈথিল পীরিবসি য়াম্না চাউবা মওংদা পোৎ শুংবা মেন্যুফেকচরর, চান-থক্লবা অমসুং অকে অমৌগী মোৎলমশিং য়োনবদগী হৌরগা পব্লিক সেক্টর অমসুং প্রাইভেট সেক্টরগী মরুওইবা সার্বিসশিং, হকচাং শোকহনবা পোৎলমশিং, য়ুম-কৈ শাবগী থবকশিং অমদি শিন্নাইবা প্রোফেসনেলশিংনা পীরিবা সার্বিস ফাওবনি। কঞ্জ্যুমরবু ঙাক শেনবগী চার হুনখিবসি য়াম্না কুরইরবগী মমাংদগীনি।

১৪শুবা চহিচাদা ইংলণ্ডগী 'কিং এদৱার্দ অহুমশুবা'না লন্দন সহরগী ফিভম অসি হকচাং শোক্লিংঙাই ওইরক্লবা মতমদা য়াম্না নুংঙাইখিদবগী ৱারিদু পনবা য়াই। লন্দনগী লম্বী শরকশিং অসি লুনা নান্না থম্নবা মাগী ফম্নাইবশিংদা কন্না পাউতাক পীরম্মী। সহরগী লম্বীশিং অদু নুমিৎ খুদিংগী মোৎলমই মরমদি, সহরগী মফম কয়ামুক্তা শা হাত্তুনা মদু শেম্বগী হুন্দোকফমশিং, থিবোঙ থিরিনগী নমথিবা মনম্না পীক থল্লমই। অদুবু নিংথৌগী অকনবা য়াথং তাওথদুনসু শীঙথাবা য়ানা মায় পাক্লমদে। অদুবু ফ্রান্সকি নিংথৌদি চহিচা তঙ্খায়মুক লৈরবা মতুংদা ফ্রান্সকী সহর পুম্বা লূ-নান্না থম্বা ঙমখি। মদু অফবা নিংথৌ অমগী পোলিটিকেল ৱিলগী মহয়নি। মসিদগী হৌনা মালেমদা কঞ্জ্যুমর ঈহৌগী পুৱারী ইবা হৌরে। ঈহৌ অসিনা চহিচা মরিরোম চঙনা হোৎনরকপদগী ফ্রেদরিক একম না ইং ১৮২০দা *অ ট্রেটিজ ওন এডল্ট রেসন ওফ ফুদ এণ্ড কুলিনরি পোইজন্স* কৌবা লাইরিক

অমা ইদুনা মখল মখা কয়াগী অমাওবশিং পুথোক্কুনা নৈনরকই। অমাওবশিং অদু পোৎ শুংলিবা মীওইশিংগী দায়ত্ব ওইহল্লমই। হকচাঙ মাঙনিংঙাই ওইবশিংগী মরমদা ইবা ব্রারেং কয়া ইনদুনা মতম অদুদা মীয়ামগী ঈহৌ অমা শাগৎখিবদগী সরকারনা সেনিটরি কম্মিশন অমা ইং ১৮৫০দা লিংখৎখি। চহি ১০মুক লৈরগা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা ফুদ এন্দ দ্রগ এক্ট হায়না পাস তৌখি।

গ্রেট ব্রিটেন্দা চহিচা অমা হেন্না কঞ্জুমর ঈহৌ হৌরবা মতুংদা মদু মপুং ফাখি। তশেংনমক, মালেমগী মনুংদা মশাগী হক য়াম্না মুন্না খঙজবশিংগী মনুংদা বৃটিশ মচাশিং য়াওরি। সরকারনা কঞ্জুমরগী ইন্টরেষ্ট ঙাক্লবা মিনিষ্ট্রি অমা লিংখৎলমই। অদুবু পব্লিক অমসুং প্রাইভেট সেক্টরগী পোথোকশিং অমসুং সার্বিসনচিংবা নংম কয়াদা শেল ফজনা থাদবা মিনিষ্ট্রি ওফ ষ্টেট অদুনা লুচিংহল্লমই। চিঞ্জাক, ঈশাক লাংথকশিং, ললোনবগী অকক্লবা মতম, মমল অমসুং রেথ এণ্ড মিজরনচিংবা য়াওনা ললোনপোৎ অদুগী অশেংবা মওং মতৌ নিয়ম চুন্না থম্নবা ফেয়র ট্রেদিং ওর্গেনাইজেসন কৌবা লুপ অমদা শীন্নদুনা কঞ্জ্যমর ইন্টরেষ্ট ঙাক্লবা য়েংশিনহল্লমই। ওফিসিএল ওইবা লুপ অসিগী মথক্তা বৃটিশ কঞ্জ্যমরশিংনা মখোয় মশাগী ওইবা শক্তি লৈবা লুপ অমা *নেসনেল কঞ্জুমরস কাউন্সিল* কৌবা অমা লৈজরমই। মদুনা কঞ্জ্যমরশিংগী অনিংবা অপাম্বা নীওথিনা ফোঙদোক্লদুনা সরকার, কঞ্জ্যমর অমসুং পোৎ শুংলিবা মেন্যুফেকচররগী মরক্তা লৈনারিবা মরী অদু মওং চুমহন্নবা হোৎনরকখি। অসুম্না বৃটিশ কঞ্জ্যমর ঈহৌনা মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী কুপ্না ঈহৌ অসিবু শেন্নবশিংগী মনুংদা অমা ওইখি।

হৌজিক্কী মতমগী ওইবা কঞ্জ্যমরিজম ব্রাখল্লোনগী হৌরকফম্দি আমেরিকা মচা রাল্ফ নাদর হায়বা উকিল অদুনি। মানা খুদোংথিবা তারবা মীওইশিং, মরাল লৈবশিং অমসুং মীৎতাংবশিংগী মরীদা আইনগী লান থেংনবগুম্না কঞ্জ্যমরগীদমক্তা অমসুং খুৎশুমলগীদমক্তা থেংনরম্মী। কঞ্জ্যমরগী ইন্টরেষ্ট ঙাকপা কনসেপ্ট অদুগী মথক্তা অনৌবা মথৌ তাবা চাং অমা হাপকৎতুনা কঞ্জ্যমরিজম্বু ব্যবহার তৌবা য়াবগী থাক্তা পুখৎলমই। ইন্দদি অমদি ন্যুক্লিয়ার রেষ্টনা অমাঙবা পীরিবা অসিদা নত্তনা কঞ্জ্যমরগী পুক্লিং হকচাংঙদা শোকহল্লিবগী মায়োক্তা ঈহৌ শাগৎখি। মাগী ঈহৌদা পাকথোক চাউথোক্লা মচাক হানবগী শক্তমদু বিল ওফ রাইটস অমসুং ***কঞ্জ্যমর প্রদক্ট সেফটি এক্ট*** অসিদা উবা ফংই।

অদুগা মালেমগী মনুংদা জাতিগী ওইনা খ্বাইদগী ভাব তারবা লৈবাক অমা ওইরিবা জাপানদদি কঞ্জ্যমর ঈহৌ অসি নম্ফুদা চৎহনখিবনি। ঈশিং নুংশিৎপু মোৎহল্লিবা কল কারখানাশিংবু মীরক্তা লৈরম্বদগী ঈথৎ লমদমশিংদা হোংদোকহনখিবা অসি ঈহৌগী শরুক অমনি। ***হিটাচি কারখানা***গী মৈখু অমসুং সনাহিদাক্কী পোৎয়ান মহীনা মিনামতা সাগরদা

ঈতিনবদু মীয়াম্না য়ানিংখিদে। কারখানাদগী কাদমিয়ম থাদোরকপনা *ইতাই ইতাই* কৌবা য়ামনা শাথিরবা লায়না থোহল্লকপগী মায়োক্তা থবক পায়খৎপা য়ানবগীদমক্তা কঞ্জুমরশিংনা কম্পনিগী সিয়ার হোল্ডর ওইশিল্লম্মি, অদুগা অমাঙ অতা থোকহল্লিবা কয়াগী মরীদা কোর্টতা ৱাকৎলকখি। কঞ্জুমর এসোসিএসনশিংনা ৱাফম অদুবু রাজনিতি ওন্তোক্তুনা শীংনখি অমসুং মায় পাকখি।

কঞ্জুমরিজমদা খ্বাদগী মায় পাক্লা পাঙথোকখিবা অমা পনবা তারবদি সুইদেননি। সরকারগী ৱাখল্লোনদি প্রদ্যুসর, দিষ্ট্রিবুটর অমসুং রিটেল্লরগী অপুনবা লাল্লোং ওইনা চথরকপা থবক্কী মায়োক্তা লৈবা খ্বাইদগী শোঙ্গবা মীশক্তি কঞ্জুমরনি হায়বসিনি। সরকারনা **KONSUMENTVORKET (National Board of Consumer Policy)** কৌবা ওটোনোমস বোডি অমা লীংখৎতুনা কঞ্জুমরগী থাক চীংখৎলম্মী। বোদি অসিনা কম্পনিশিংবু থবক ফজনা তৌনবা, পোৎয়োন কৈথেল নিয়ম চুম্না অমসুং কঞ্জুমরগী ইন্টরেষ্টতা এডুকেসন পীনবা থবক তৌরমই। বোদি অসিনা কঞ্জুমরদা মতম চানা ঈ পাউ পীরমই। ৱাকৎ লাকপা মতমদা অহানবদা মশা মশা য়ানবগী থাক ওইহল্লি। মদুদা য়ানদ্রবদি মার্কেট কোর্টকী নিয়ম মতুং ইন্না সবকারগী **OMBUDSMAN** না ৱাযেল্লম্মী। স্বিদেনগী এক্ট অনি লৈ : *মার্কেটিং এক্ট* অমসুং *অনফেয়র কনট্রেক্ট টার্মস*।

ভারতদি ঈহৌ অসি শাথিনা হন্থমনখ্রে, সমস্যা অমগুমখ্রে। মদু লুচিংবশিং অমসুং মকোক্তগী মতোন ফাওবগী ফমদোংবা ফম্নাইবশিংগী মরক্তা পাক শন্না শেঙ্গা থুমজাদা হালেংদনা চথরিবা অসিগী মরম্নি। মখোয়শিং অসি ললোনবা কাংলুপকী অনীশুবা মশক অমনি। মবুক চুম্বা কনাগুম্বা য়াওরবসু মখোয়বু মখুৎ শেঙনা হামদোকহনবা ঙম্লক্তবগী মরমদি বেঙ্করশিং মতিক চানা লৈবা চাওর চাওরবা ইন্দষ্ট্রিশিংদা মখোয়না পেট্রোনাইজ তৌবা অসিনি। আইন খরবুদি পাস তৌদুনা থম্লি, অদুবু চৎনবদি ইতৌ তৌদ্রি। লৈঙাক ৱায়েল মতৌ অসিনা মখোয়বু চাদা চামা চৎহনবা ঙমদনা লৈরি। *কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট (কোপরা)* অসি ইং ১৯৮৬তা লৈরকখ্রবসু ষ্টেট অয়াম্বদা মপুং ফানা চৎনহনবা ঙমদ্রি। জষ্টিস বাল কৃষ্ণ ইরাদিনা প্রসিডেন্ট ওইদুনা *নেসনেল কঞ্জুমর দিসপ্যুটস রিদ্রেশেল কম্মিসন* শেমখিবা লৈরে। অদুবু এক্ট অসিগী দ্রোবেক য়াম্না লৈ। লেম্না সার্বিস পীরিবশিংগী মনুংদা উকিল অমসুং ডক্তরনা পীরকপা সার্বিসশিংদি মদুদা মনুং চলহন্দে। ললোন ইতিক্কী পোৎলমশিং অদুবু শারিবা মচাক মচলশিং অদুমক্না কঞ্জুমরদা শোকহনগদবা, অকাইবা পীরগদবা ঈ-পাউ খিবিক্কী মবীদা মুন্না কুপ্না খঙদোকহৌনবগীদমক্তা পোরমশিং অসিনা এক্ট অসিগী মখাদা কনাগুম্ববু নমদুনা পাউ পীহন্নবা অমসুং মদুবু য়াহন্নবা শক্তি পীবা তৌদ্রি হায়বগী ৱাহং লৈরি।

কঞ্জুমরগী ইন্টরেষ্ট ঙাক শেনবগা মরী লৈননা আঈনগী ওইবা অমসুং লাইরিক ওইনা তম্বীবগী মতাঙদা ওইথোকপা য়ানা থবক তৌদ্রি। ফিজিকেল প্রোটেক্সন ওইনা

***The Prevention of Food Adulteration Act 1954; The Drugs and Cosmetics Act 1940*** অসিনি। কঞ্জ্যুমরগী শেল থুমগী ইন্টরেষ্ট ঙাক শেনবগী মরীদা লৈবা য়োনবা অমসুং পোৎ পুথোক পুশিন তৌবগী মতাংদু য়াম্না মরু ওইবা অমনি। হান্না পোৎয়োম য়োম্বা পেকেজশিংনা নমথাক তৌবা, অরানবা লেবেল নপশিনবা চৈরাক পীননবা ***দি পেকেজ কমোদিটিজ রুল্‌স*** লৈরি। মদুনা পোৎয়োম পেকেজ মনুংগী পোৎশক, মগুন্দু তাকহল্লি। ***ইসেন্সিয়েল কমোদিটিজ এক্ট ১৯৫৫; দ প্রিভেনসন ওফ ব্লেক মার্কেটিং এন্দ মেন্টিনান্স ওফ সপ্লায়জ ওফ ইসেন্সিয়েল কমোদিটিজ এক্ট ১৯৮০; দ ইমব্লেম্‌স এণ্ড নেম্স (প্রিভেনসন ওফ প্রোপর য়ুজ) এক্ট ১৯৫০; দ ফোরার্দ কন্ট্রেক্স (রেগুলেসন) এক্ট ১৯৫৬ ; দ ট্রেদ এন্দ মার্চেনদাইজ এক্ট ১৯৫৮; দ ইন্দষ্ট্রিজ (ডিভলপমেন্ট ওফ রেগুলেসন) এক্ট ১৯৫৫*** অসিনি। মালেমগী কঞ্জ্যুমর ঈহৌগী অকনবা ঈথিল লাকপদগী এক্টশিং অসি চৎনহল্লবসু লৈবাক্কী মফম খুদিংমক্তা লৈরিবা কঞ্জ্যুমরশিংগী ইন্টরেষ্টে ঙাক্নবা হায়বদুদি নত্তে।

মণিপুরদা কঞ্জ্যুমর ক্লবকী ব্রাঞ্চ ওফিসশিং মাইকৈ কয়াদা হাংদুনা মীয়ামগী সেবা তৌই, অতৈ ফোরমশিংসু তৌই। অরানবা তত্তনা চত্থরিবা ললানবশিং চৈরাক পীবগী পাউ তোয়না তারি। মীয়ামদা এৱারনেস প্রোগ্রাম চত্থবগী পাউসু ফঙলি। মসি অফবগী খুদমনি। অদুবু তৌরিবা থৌওং অসি ময়াম্না পেন্নিংঙাই ওইদ্রি। থোইদোক্লা সরকারগী মীয়েং চীংশিন্নবা ঐখোয়গী ইথৌদাং চাওরি। কঞ্জ্যুমর ঈহৌ চাউনা শাগৎপা অমা চঙলি। লৈবা য়োনবদা নত্তনা মথক্তা পঞ্জখ্রিবা কঞ্জ্যুমেবল কোজ অমসুং আইটেমশিং অসিসু মুভমেন্ট স্কোপতা চীংশিন্দবা য়ারক্তে। পান্দম তৌরিবা ঈহৌ অসিগী ফরবা কায়াৎ অমদি লোকেল সেল্ফ গবর্নমেন্টকি খুত্থাংদা এদুকেট তৌবা অমসুং ইমপ্লিমেন্ট তৌবগী কান্নবা ফঙগনি। লৈবাক অসিগী মফম খুদিংমক্তা শন্দোক্নুনা লৈরিবা পঞ্চায়েটকী খুত্থাংদা কঞ্জ্যুমর ঈহৌ পীবা ঙমফম থোকই। মসিনা খুন্নায়গী অরুবা ৱাফম অমা ওইরকপা মরমনা লৈবাক্কী অঙম্বা থবক তৌজগে হায়না চোংথোরকপশিংবু দাইত্র লৌহনবা চুম্মি, মদুনা সিবিক সিষ্টেম নালহনগনি। ঐখোয়গী নহারোলশিং অমসুং অখঙ অহৈশিং পুনশিন্নরগা পঞ্চায়েটকী ৱার্কিং সিষ্টেমগা লোয়ননা চৎমিন্নবা ঙম্লবদি মায় পাক্লা পায়খৎপা ঙমগনি। প্রজাশিংবু মীকপ থোকহনগদবদি ওইজবা থাদোকপা নহারোলশিং অসিনি, তুমশিন্নরিবা লৈঙাকপা ফম্লাইবশিং অসি নত্তে। ❑

# ইমোইনু ঈরাৎ থৌনিফম

## খুভম মাঙশিল্লকপদা

মৈত্রবাক্কী পুৱারীনা নাউয়োক্কুনা লাকপা নাৎকি লনগৈ ওইরিবা ইমোইনু লাইরেম্বীনি। মহাকপু ঈরাৎ থৌনিজবগী কান্নবসি ঙসিদি হেন্না হেন্না খঙনরক্কুনা ষ্টেট হোলিডে ফাওবা ওইরক্লে। মীওইবগী পুন্সিবু মপোক মহয় য়ান্না পান্নবগীদমক্তা য়ুম্বানবগী নিতি চুমহন্দুনা লীচৎ চুম্না খোঙথাংনবা লাইরেম্বী ইমানা শিন্থা পোরম য়াৎপিরি। মনি মমৌ, মনেম মকুগী মরী শেম্বীরি, খুন্নায়গী মরী শাগৎপিরি। য়ুম্বান লমদা নীতি চুম্না খোঙদারিবিশিংনা ইমুংগী শেনমিৎতা অচৌবা ইথিল পীরি। হৈ খুনবনবু হৈরবদি হৈ হেকপসু হেন্না হেন্না হৈনিংই। পৎ তৎনা হিংলম্বদগী মচিঞ্জাক চাজখিবশিংগী ৱারীসি হৈ খুনবা হৈবগী ৱারীনা নম্মি। মীথোই মীহেল্লিবা লম্বী অসিমক ইমানা তাকপিরিবা হৈ খুনবা অমসুং হৈ হেকপা হৈবগী শিল্লম শিন্থাশিং অদুনি, মসিমক্তা মহৈ য়াল্লবদি ইশা ইশাগী নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না ঈংনা চীক্লা পানবদা নত্তনা লৈবাক্কী সোসিও ইকোনোমি ফগৎহন্দুনা লৈবাক্কী থকশি খাশি লিংদুনা লৈবাক মরা তপ্পা পান্নবগী মরম ওইরক্লি। ঙসি হিংবগী চিশিল্লক্কবা পুন্সি মহিং অসিমক্তা অনৌবা মওংগী মতমগী পুন্সি মহিং অসিগা চুশিন্নবা তারকপদা ইমোইনু য়ুম্বালগী মোডেল অসি হেন্না হেন্না মশক মচু থোরকই।

মতমগী পুন্সি মহিংনা কন্না ইথিল পীরবা তাঙ্ককসিদা, মতম মতমগী লেন্ন-লেন্নবা হোৎনরকপদগী ইশা ইশাগী হকচাং অমসুং নুংলোন শোকচিনবা হেঞ্জিল্লক্লি। মনি মমৌগী মরী শোকপদবু নৎত্রি, য়ুম্বানমিন্নরিবা ঈ অনিগী মরী য়ৌশিল্লকপগুম উরি, য়ুম্বানলোন কোইচায় চাইরবগুম তৌরি। অসুম্না তৎপগুম তৌরবা মরী অসি শমজিন্নবা উপাইদি ইমোইনু লাক্লম ইনবনা ওইরি। তাইবংপানবনা হিংনরিবসি নুপা নুপী অনিগী মরী ফগৎহন্দুনা পুক্লিং অনী লীতিন্ননা য়ুম্বালমিন্নরবতদা তাইবং লীচৎকী অথুপ্পা লায়ৱা ফংলে হায়দুনা শোন্নরিবনি। পুন্সি নুংশাংনা খুয়া তুশিৎনা পানবা ঙম্বতা নত্তনা পুন্সি ফিদম পীবগী ফিদম অসিমক মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। নুপানা থাংবা খোঙথাং নুপীনা চীংনরবা, নুপীনা থাংবা খোঙথাং নুপানা খঙবা ঙমদ্রবদা করম্না পুন্সিনা মহয় য়ানগদৌরিবা ?

ইমোইনু ইমাগী পাউজেলদি ইমুং মনুংগী মরী শেমগত্তুনা লৈবাক খুন্নাইগী অফবা মরী লিংখৎপনি, খুন্নায়গী শেনমিৎলোননচিংবা হিরম খুদিংমক ফগৎহন্নবা হোৎনবনি। খুন্নায় অসিগী কয়াৎলোন্দা কাবেল কাজাও পুরিবা মঙাং লুৱাং খুমন হায়না য়োৎশবী মখোং অহুম শানা ফাংখোঙ চেৎনা খুন্নাইগী ফম্বাকথকসিদা চুকখোঙ শানা য়ুংলিবসি মশানা মবোমদোম লেপচবা ঙম্নবনি, মীখা পোন্দবগী য়ুম্বাললোন লিংহল্লিবনি। মীওইবগী হকচাং কয়াৎলোনগী মতুং ইন্না য়ুমশালোন পীদুনা ফুঙ্গা লাইরুদা ইমোইনুগী খুভম য়াহনবগুম্না মীওইবগী হকচাংগী ফুঙ্গা লাইরুদি খোইদৌ ফম্বালদা ওইরি। মঙাং লুৱাং খুমননা খোইদৌ ফম্বালদা মখোঙ অহুমগী চুকখোঙ য়ুংদুনা লেপ্পা লৈতনা মৈ হৌরি। থৱায়

মীরেল পুরিবা খোইদৌ মিহুল অকনবনা ঈগী ঈচেল চাংনাইহন্দুনা ইমোইনু ইমাগী তুংনফম ওইহল্লি। নিয়ম পুবী ইমাগী অথুপ্পা লাইব্রাগী লোৎফম ওইরি। মসিবু খঙনা চৎপা তাইবংনা হকচাং ঈচেল চেকশিন্দুনা পুক্সি নুংশাংবা নুংঙাইবা ফংনিংঙাই ওইরি। নুং পালগী মশক ফংগৎমিন্নদুনা খুন্নায়গী ওইবা হীরমদা তমজনিংঙাই ওইহল্লি। অদুনা ইমাবু ইরাৎ থৌনিজবদি কান্নবদনা থল্লবা মহয় ফংজবতা নত্তনা খুন্নাইগী কান্নবা থবক অমা পাঙথোকপগা মহয় চপ মান্নরি। মশাগী শক্তম মাঙথরক্লিবা জাতি অমগী মনাৎ য়োৎখৎপগী মহয়দি ইমাবু লাৎচবতনা ফংবা হৌরে। জাতি অসিনা ঙসি থেংনরিবা অমম্বগী মশক ওইরবা লুরবা ৱাফম কয়াবু ঙালহন্নবা হোৎনরিবা লৈবাক খুনাইগীদমক হনবা লৈতনা চঙশিল্লিবা মীওই কয়ামুক লৈরি হায়বদু মশক খঙদোক্লবা নুমিৎ (ৱাকচিং ১২) ওইরি।

লাই ওইশ্লবা অহল লমনশিংনা লৈবাক্কী মফম কয়াদা খুভম লিংনদুনা লৈবাক নিংথৌ পুন্সি নুংশাংননবা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ঈরাৎনরক্লি। পুৱারীগা শাগোন্নরা হিংমিন্নরকপা থাংজিং কোইরেল নিংথৌগী অৱাং থংবা চীং নাপোমদা ইমাগী খুভম লৈরকই। লমলেম লমনুংশি লুৱাংশংবমদসু ইমোইনু অহোঙ্গৈ খুভম লীংদুনা ঈরাৎ থৌনিরকই। মসিদা নত্তনা য়ুম য়ুমদা ইমাগী খুভম লীংনদুনা নিঙনবাদি মৈত্রবাক্কী লীক্লম ওইদুনা লাক্লি। খুভম নিংথৌগী মশাইগোন ওইখিবা ৱাইথৌগী চেংগৈ চীঙ অসিমক ইমাগী লীরবা খুভম ওইরকই। মসিদা খাগেম্বা খুভম, পাখঙবা শুরুং নচিংবা লৈরি। অসুম্না ইমাবু ঈরাৎচবগী ৱারী শীংবুলদি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মৈদিংঙু নিংথৌরেল কয়াগী হাক্তক্তগী চৎনরক্লে। মৈদিংঙু চলাম্বা (১৫৪৫-১৫৬২) হাক্তক্তগী হৌনা ইমোইনু ইমাগী খুভম অসি ৱাইথৌদা লৈবা চেঙ্গৈ চীংদা ইরাৎ থৌনিজরকপগী ৱাফম থেংনৈ। মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা চাক তাংবা থোক্তুনা অৱা অনা তারবদা অখঙ অহৈশিংগী পাউতাক মতুংইন্না চেঙ্গৈ চীংগী ইমোইনু খুভমদা ঈরাৎ থৌনিজখি। অসুম্না অৱা অৱা অনা কোক্তুনা চাকহোং ঙাহোংবা ফংলবদা মখা তানা লৈবাক নিংথৌগী থৌরম ওইনা চশ্লরকখি। বোধচন্দ্রা সনা হাক্তক্তদি নিংথৌগী থৌরম তোক্তুনা লৈবাক মীয়ামদা শিন্নখি।

লাইবক থিবদি, মসিগী মতুং তারকপদা লমদম অসিগী অকোয়বদা অমসুং মনাক নকপদা লম খোপচিন্নবক্তুনা হান্নগী শক্তম কায়হল্লকপা হৌখি। চৎনবী, ঈনাৎকী য়ুম্ফম অসি মুৎশ্লগদরা হায়বগী অকিবা ফাওরি। চীঙদুম অসিগী অকোইবদা পুৱারীগা শাগোন্নরকপা লাইফম কয়ামুক লৈরি। *লৈমা চীঙ, অতাও চীঙ; য়েরুম ফুম্বী* নচিংবা উমংলাইগী মফম মনুং চন্না লৈরিবা মফমশিং অসিদা লম খোপচিন্নখ্রে, অশেংবা মশক পূম্মাং মাঙখ্রে। মসিদা নত্তনা চেংগৈ চীঙগী ইমোইনু খুভম তমশিল্লক্লে, খজিক্তা ঙায়রে। খুভমগী লাইশঙ অদু ফাওবা থুদেকপিখ্রে। মসিগী মথক্তা লাইফম অসিদা তৌহৈ তৌহৈদবা নামুংনবা থৌওং কয়া চখুবা থেংনৈ হায়না ৱাকৎনরি। মসিগী মরীদা সরকারদা ৱাকৎনরিবা অমসুং প্রজাশিংগী মরক্তা ৱারৌনরিবা পুম্নমক অসি মতম চানা য়েংশিলহৌবা চুমগনি।

চহি তরেৎ খুন্তাকপদা লৈবাক্কীদমক্তা কৎথোকখ্রবা, ফম-মিংথোল কল্লক্তবা নিংথেমচা হেরাচন্দ্রগী নীংতম লালহৌগী বেজ এরিয়া ওইখিবা অমসুং মণিপুর পুৱারীগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা ইমোইনু খুভম ওইরিবা আর্কিওলোজিকেল সাইট ওইনা ঙাক শেন্দুনা থমগদবা মফমনি, চেঙ্গৈ চীঙ। মণিপুরগী পুন্দত লোয়শঙ (পন্দিট অচৌবা কুলচন্দ্র)না আর্কিওলোজি লোয়শঙগী সুপরিন্টেন্দেন্টতা চৈচৎ ৬।১২।৯৬ ইংদা ইরকপা চিঠি অমা : *"সাং ৱাইথৌ চেঙ্গৈ চীঙ (নুঙ্গৈ চীঙ) হায়না খঙনরিবা ইমোইনুগী খুভম লৈরিবা লাইপম অসি হিষ্ট্রিকেল মোনুমেন্ট ওইগদ্রা হায়বা পুৱাগী ৱাফমসি মরোল য়েংবদা লাইমংলাইগী লাইশিং মনুং চন্না লৈরিবা লমদম অসিদা য়েরুম ফুম্বী, নীংথিবী খোং, লৈমা চীঙ, অতাওচীঙ, ৱাইথৌ খম্পুৎ নচিংবা লৈরিবা লমদমশিং অসিগী মরমদা উমংলাই লাইকোক তদি লেংদনালে। অদুবু অদুবু শ্রীযুক্ত আর্কিওলোজি ওফিসনা হিষ্ট্রিকেল মোনুমেন্ট এক্ট চনবীবা য়াগনি য়ারোই হায়বা মরোল অমত্তং পণ্ডিট লোয়শঙদা থুনা অইবা চে অমত্তং পীবিরক্লবা হায়জরি।"* মসিগী মরীদা ডিপার্টমেন্টনা সরকারদা ইখিবা কয়া লৈদুনসু ঙসি ফাওবা ঙাক শেনবিদ্রি, প্রিজার্ব তৌবিদ্রি। ডিপার্টমেন্টকী অশোনবা, সরকারগী মবুক চুমদবা কয়া মমি তারি। প্রজাশিংগী মায়কৈদা মসিবু কযামুক য়ান্না নুংশিজবগে হায়বদু পনবা তারবদি, মদু ৱাকচিংগী ১২ পানবা নুমিংকী নুমদাংদা উবা ফংগনি। য়ুমথোং য়ুমথোংশংদগী চুখৎনরকপা মৈবাগী মৈঙালনা ৱাহং হংলি, হংখিগদৌরি। অহল ইবুংঙো চীঙথমগী কবুই থানিলজাও (চহি ১০৮ পুন্সিরগা লৈখিদ্রে)না ইমাগী কোমায় লৌশিনবিদুনা থমজিনবীবকই। ইং ১৯৯১দা এম.এল.এ নামৈরাকপম বিশেশ্বরনা অহলদগী অমুক লৌশিঞ্জরগা চেঙ্গৈ চীঙদা বেন্দ খোংদুনা পুরক্লগা অনৌবা উঙী ফজরবা লাইশঙ অমা শারগা মদুগী মনুংদা থমখিবনি। মন্ত্রি ওইরম্বা হিদাম বিদুরনা মতমদুদা উরেপ উয়ুং তমদুনা ইমাগী লাইফমলেন অমুক হন্না শেমগৎখিবনি। অহল ইবুংঙো থানিলজাও কবুই, হিদাম বিদুর অমসুং লৈখিদ্রবা বিশেশ্বরবু লৈবাক মীয়াম্না হেক্তা কাওগদবা নত্তে।

মখা তারকপদা, ***চেঙ্গৈ চীঙ ইমোইনু থৌগল্লুপ*** কৌবা অমা শেমদুনা মখা তানা লাইফম অসি কন্দুনা সেবা চত্থরকখি। কুম খুদিংগী থৌরম পাংথোক্লবা হোৎনবতা নত্তনা হিষ্ট্রিকেল সাইত অমা ওইনা সরকারনা ঙাক শেনবীনবা কন্না হোৎনরকই। মরী লৈনবা ডিসি, ডিপার্টমেন্ট অমসুং সরকারদা চে কয়া চত্তুনা হোৎনরবসু ঙসি ফাওবা লাইথোকপা ঙমদ্রি। মরক্তা খুৎ চঙবা য়াওবগুমসু তৌই। অসুক কন্না হোৎনবা অসিগী মরক্তা মীওই ১৯না শাবা খুৎপু অমনা লম খোপচিন্দুনা পাটা পানশিন্নবা হোৎনরে অমসুং লাইশং থুদেক্তুনা তৌহৈদবা তৌরে হায়না ৱাকৎনরকখি। লাইগী থৌরম তৌবদা অকায়বা পীরে হায়বনচিংবা ৱাকৎ লাকখি। মসিগী মরীদা থৌগল্লুপনা সরকারদা হায়জদুনা লাক্লবসু পার্মনেন্ট সোলুসন ওইনা তৌফম থোকপা অমত্তা তৌবিদনা লাক্লি।

খুদোংচাবা লৌরিবশিংগী মায়কৈদগী ঈরাং শাগৎনবা কয়া হোৎনরবসু, মসিগী অচুম্বা মশক অসি কায়হন্দনা থম্লবা সরকার অমসুং লৈবাক খুন্নায়না য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনফম থোক্লে। মসিনা কায়নবা য়াররোয়দবা প্রজাশিংগী মরক্তা উংখৎনহনবগী মরম

ওইরকপসু য়াই। কৈদৌনুংদা মসি শক মাই য়েংনদুনা নমশিন্দুনা থম্লোইদবনি। মতম চারিঙৈদা তৌফম থোকপা ইভিক্সন নত্রগা মথৌ তাবদু চত্থদুনা লাইফম অসিবু প্রিজার্ব তৌবগী থবক পাঙথোকপা চুল্লে। উনা শাবা লাইশং থুদেকখিবা অসি অমুক নৌনা শাদুনা ঈরাৎ থৌনিজবা মতমদা অকায়বা থোক্তনবা শীনবিফম থোকই। থোইদোক্না লোকেল প্রজাশিং, লুচিংবশিংনা অচুম অরান মুন্না খন্তুবিদুনা মতম চারিঙৈদা তৌফম থোকপা থবকশিং শম মায় য়েংবা তৌদনা তৌবিফম থোকই। লৈবাক মচা তানা খুল্লিংলিবা খুন্নায় অসিগী লিক্লম পরিং কায়ফদে হায়বসু উৎফম থোক্লবনি। প্রজাশিংগী মরক্তা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবদা অকায়বা ওইগদবা খিবিক মতম চানা য়েংশিনমিন্নরসি। মণিপুরী জাতিগী শক্তম তাক্লিবা ইনাৎ অসিগী মফমদা চপ্রিং অমনা লঙজবগুম থোকহন্দুনা অফবা চেংকোক অমা মাংথোকপগী ফৎত্রবা পোলোইদু পুরকপা য়াগনুশি। ❑

**করপসন থেংননবা**

# লোকপাল - লোকঅয়ুক্ত

ইণ্ডিয়ানশিংগী পুন্সি মহিংদদি করপসন হায়বসি চঙদবা য়াদ্রবা মচল ওইরি, তৎন থানবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইরি। ভারত লৈঙাকলোনগী কাংথোঙ উংহন্নবা থাউ থাকপা হায়বদু ওইরি। রাজনীতি তৌবা অমসুং ফম্নায়বশিংগী হৌদোকচনবা কৈরাক ওইরি। করপসন্না খুন্নায় অসিগী ভ্রমসুং লৈঙাক ৱায়েলগী চৎনবী অমা ফাওবা ওইরক্লি। অদুনা প্রজাশিংনা সরকারদা করপসনগী কৈরাক থাদুনা শমজিন্নরগা পুক্লিং ৱাখল লুমজবা হায়বদু ওইদুনা করপসননা ঙসিদি ইকায় খুম্নবদা মতীক চারবা পুন্সি মহীং ওইরক্লে।

হৌখিবা মীরোল অনী অহুমগী মনুং অসিদা করপসননা শাথিনা খুমাং চাওশিল্লকখ্রে। পোলিটিকেল কলচব ওন্তোক্লুনা মবুক শেংনা চৎচনিংবা মীওইশিংবু করেম্নরকখ্রে। মায়কৈ পুম্বা কেন্সরগুম্না চাশিল্লক্লে, চমজরবা প্রজাশিংগী মফমদা চঙশিন্দুনা য়াংলেন শরুগী লূ-তোং য়ৌনা চাশিনখ্রে। নাকল অমদা শেল হৈনথোক্লম্নগী ৱাথোক, শেঙ্গা থুমজা চেন্নরিবা ফম্নাইবশিং, পোলিটিসিয়ানশিং, হেবি ব্রেটশিং; মখোয়শিং অসি মগুণ লৈবা মরম্না লো এনফোর্সশিং এজেন্সিশিংনা করিসু তৌবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা ফীভমদদি, মীচম মীয়াম্না হেন্না হেন্না অৱা চৈথেং নংলকই। মখোয়গী হক, মনীং তম্বা, সেক্যুরিটি অমসুং প্রিভিলেজ পুম্নমক শোকহল্লকই; লৈবাক্কী সেক্যুরিটি ফাওবা খুদোং থীরকই। নীংশিংবা য়াবদি, ভারত রাজনীতিৱালাশিংনা থাক ৱাংখৎলক্লবদি, মখোয়দু স্কাম-স্কেন্দল কয়াদা হেক্তা চেন্নরম্মি নৎত্রগা মফিয়া দোনশিং হেক্তা শম্নরম্মি।

মসিমক সরকারগী থাক ৱাংবা মফমশিংদা মোৎশিল্লকপনা অমসুং মদুনা কন্সটিস্যুসননেল ওফিসশিং ফাওবা য়ৌশিল্লকপদগী প্রাইম মিনিষ্টরনা খুৎলায় পায়খৎপা তাখি; প্রাইম মিনিষ্টর ওফিস অমসুং মশামক্কী ঙমখৈ লানশিন্দুনা য়েংশিনবা ঙম্না *লোক পাল বিল*, খুৎ থাবা হৌখ্রে। বিল অদুগী স্কোপ মনুংদা প্রাইম মিনিষ্টর মশামকপু পুশিল্লগা টহেলকা ৱাথোক্তনা চেন্নরিবা সরকার অসিনা মীয়াম মমাঙদা মখোয়না অসুক য়াম্না পুকচেল শেংই হায়বসু খুদম ওইনা উৎনবা হোৎনরি।

লোক পাল বিল অসি হান্না পার্লিয়ামেন্টতা তরুকলক পাস তৌনবা হোৎনখ্রবনি। অহানবদা ইন্দিরা গান্ধীনা ১৯৬৮তা, রাজিব গান্ধীনা অনীরক ১৯৮৫, ১৯৮৯ দা পাস তৌনবা হোৎনখি। মায় পাকখিদে। এনদিএ সরকারনসু ১৯৯৮দা পুথোকখি, মেম্বর ৩না শাবা পেনেল অদুদা প্রাইম মিনিষ্টর ওফিস য়াওজরবসু হায়রিবা পেনেল অদুগী জুরিসদিক্সন ৱাংমদা প্রাইম মিনিষ্টরবু থমলমই। পিএমবু লিষ্ট অদুগী মনুংদা পুশিন্দুনা লোক পালনা য়েংশিনবা ঙমহললু হায়বা ওপোজিসনগী অকনবা দাবী অদুনা মায় পাকহনখিদে।

মসি *টহেলকা এক্সপোজি*না ফীভম শোকচিল্লকপদগীনি হায়বা তাই। মশামকপু মায়কৈ মরীগী অকোয়বদগী ক্রক ক্রক য়েংশিল্লিঙৈ মনুং অসিদা ওপোজিসন্না তাল্লিবা দাবী অদুদা য়ারদুনা দাবী পীথোকপা অহানবা প্রাইম মিনিষ্টরদি এবি ভাজপায় ওইরে হায়বসিনি। অদুবু মেডিয়া রিপোর্টশিংগী মতুংইন্নদি, বিল অদুগী ৱারোল অতৈদি অয়াম্বনা হান্নগীদু ঙাক্তা ওইরি হায়রি, অদুগা ইলেক্সন কম্মিসনগুম্না চিয়ার পার্সন্না লুচিংবা মী ৩না শাবা বোদি অমা শেমখ্রবা মতুংদা কনানা লোক পাল খনগদগে হায়বসিগী চমম্নবা কোক্ত্রি হায়বা অমা লৈরি। অদুবু ইকোন কোনবা বিল অসিগী মতুংইন্নদি, ভাইস প্রসিডেন্টনা লুচিংবা কম্মিটি অমনা মী অহুম্না শাবা বোদি অদুগী মমিং ইদুনা প্রসিডেন্টতা য়াবিনবা (রিকমেন্দ) থাগনি। হায়রিবা কম্মিটি অদুদা প্রাইম মিনিষ্টর, লোক সভা স্পিকর, হোম মিনিষ্টর, পার্লিয়ামেন্ট হাউস অনিমক্কী ওপোজিসন লিদর অনীমক য়াওগনি।

বিল অসিনা করিগুম্বা ওফেন্স অমা তশেংনা লঙজখিবা ওইদুনসু চহী তরাগী মতুংদা ৱাকৎলকপা ওইরবদি ৱাকৎ অদু লৌরোই হায়রি। বিল অদুগী অহানবা ড্রাফতা বাজপায় সরকারনা ইরি : ***লোক পালনা মনীং তম্না অমসুং অকিবা য়াওদনা নৎত্রগা মীচং মীখায় নায়দনা মাগী মাগী মখৌ তৌবদা শোয়হন্দনবগীদমক্তা, চেয়ারপার্সন অমসুং মেম্বর অনীমক অদুনা করিগুম্বদা থবক ঙমলক্রবা অমসুং মরমচৎ চুমলক্রবা ফীভম লাকুনা করিগুম্বা প্রসিদেন্টনা ওর্ডর থোক্লবা মতম অদুদা মখোয়বু থবক্কী মতম লোয়হনগনি***। নৌনা শেমদোক্লবা ড্রাফ লেজিসলেসন অদুগী মতুং ইন্না প্রাই মিনিষ্টর

প্রাইম, মিনিষ্টর ওফিস, মন্ত্রিশিং অমসুং এমপিশিংগী মায়োক্তা ব্রাকৎ লাক্লবদি লোক পালনা থিজিনবা ঙম্মি। লোকপালনা মাগী ঙমখৈ ব্রাংমদা লৈখ্রবা, মানা শোকপা ঙমদবা মীশকশিং অদুদি প্রসিডেন্ট, ভাইস প্রসিডেন্ট, স্পিকর, চীফ জষ্টিস, সুপ্রিম কোর্টকী জর্জশিং, কম্পত্রোলর এণ্ড ওডিটর জেনেরেল, ইলেক্সন কম্মিস্নরশিং অমসুং য়ুনিয়ন পব্লিক সার্বিস কম্মিসন মেম্বরশিং অসিনি।

অদুবু লোক অয়ুক্তগী ফল য়েংলুবদা কয়া ফজদবসু লৈরি। কেন্দ্রগী পার্লিয়ামেন্টরি কম্মিস্নার (OMBUDSMAN) চৎহনবগী ষ্টেট কয়াগী দাবী ময়াম অমা মথং মনাও নাইনা মতমগী মতুংইন্না মপুঙ্ফি লোয়খিবসু য়াওরি, অমরোমদদা ষ্টেট খরদি ওমবজমেন থৌশিল অসি চৎনদুনা মাংজিল থানা চৎপসু য়াওরি। লোক অয়ুক্ত চৎনবগী ওফিস লিংবা ষ্টেট ১১ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী লীরবা ষ্টেটশিংদি মহারাষ্ট্রা অমসুং বিহারনি মখোয়না মথঙশিংনা সং ১৯৭২ অমসুং ১৯৭৩দগী হৌনা লোক অয়ুক্ত চৎনরক্লি। দাক্তর রজনি রঞ্জন দাসনা ইবা লাইরিক লোক অয়ুক্ত : ***দ ইণ্ডিয়ান ওমবজমেন***না তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদা লিংলিবা লোক অয়ুক্ত লোয়শঙশিংগী অকোয়বদা তোঙান তোঙানবা মতমদা থোরক্লিবা চয়েৎ চনৈনবা মখল মথেল কয়া নৈনরি। ষ্টেট অমগা অমগগী মরক্তা খেৎননা চৎমিন্নরিবা লোক অয়ুক্তগী আইনগী থাক, টার্ম ওফ ওফিস, জুরিসদিক্সন, পব্বার, ওর্গেনাইজেসনেল এসিষ্টেন্স নচিংবা অসিনা মখৌ তৌবদা অকায়বা থোকহনবদু মসিদা পল্লি। ভারত্তা লীংখ্রবা ওমবজমেন ইনষ্টিট্যুসনশিংগী হিষ্টরিকেল ডিভেলপমেন্টশিং নৈনরি, অমসুং ইং ১৯৬৮, ১৯৭১, ১৯৭৭, ১৯৮৫গী তোঙান তোঙানবা লোক পাল বিলশিং অদু কুপ্প্না মুন্না নৈনরি। অব্রাববু কোকহনগনি হায়রিবা ওমবজমেনকী থৌদাং অসি মরুওইবনি হায়রবসু, লৈরিবা ভারতকী চনৈনরবা রাজনীতিগী শক্লোনসিদা পোৎশক অসিবু মরম চানা শৌগৎপিদনা লাকপা মরম্না মফম চাদবদা খরুং খিনবগুম লৈরি।

অমরোমদদা, লোক পাল বিল ফাওবা মপান্তোংদদি মতৌ মালহল্লগা মনুংদদি রাজনিতিগী হাবী জাবীশিংগী লম্বী নান্নবা থাউ থাকপা ইন্সটিট্যুসন অমগুম লৌনরকপা উরে হায়রি। অসুম্না লৈবাক ব্রায়েলগী অব্রাংবা থাক্তা চথরিবা শেঞ্জা থুমজা অসি লোক অয়ুক্তনা মায়োক্লবা ঙমদে হায়না ডা: দাসকী নৈনবা অদুনা পনবগা লোয়ননা লোক অয়ুক্তনা পাঙথোকখিবশিংগী মনুংদা মীনদি থোয়না খঙনদ্রবসু অফবা থবক্তি ওইরিবা অদুগা, প্রজাশিংনা থেংনরিবা মখল মথেলগী অব্রা অনাশিং, খুদম ওইনা : থবক্তগী পোখাখ্রবা সরকারগী কর্ম্মচারীশিং পেন্সন ফংজবদা অব্রাবা ফংলিবসি কোকহন্নবা হোৎনবদা লোক অয়ুক্তনা লৌখিবা থৌদাংশিং অদুবুদি ফজনা শীঙথারি।

লোক অয়ুক্ত চৎনরিবা ষ্টে খরদা মরী লৈননবা মন্ত্রিশিং নত্রগা অৱাংবা থাক্কী কর্ম্মচারি ফম্মাইবশিংগী মথক্তা থীজিন্নবা হোৎনখিবা কয়াগী ফল অদু নুংঙাইনিংঙাই ওইদে অমসুং অয়াম্বনা নীংবা কায়নিংঙাই ওই হায়না নৈনরি। তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংগী লোক অয়ুক্ত ওফিসশিংগী অকোয়বদা লৈরিবা মখল মথেল কয়াগী চয়েৎ চনৈনবশিংনা মতম মতমগী ওইনা থোরক্লিবশিং অসিগী মরীদা নৈনবা মতমদা মহাক্লা মমৈথংদা ***রাজনীতিগী ওইবা চপ চানা অয়াবা : পোলিটিকেল একসেপ্টেন্স*** শীজিন্নবা ঙমদ্রবদি লোক অয়ুক্ত থবক ওইনা তৌবা ঙমলোই হায়না ফোঙদোকই। লোক অয়ুক্ত লিংদুনা মথৌ তৌহনবগী মরীদা ডা: দাসনা চেকশিনৱা পীরিবা অদুদি কোর্ট প্রসিজরগী মতাঙনি হায়বদি থবক ওইনা পাঙথোকপগী নিয়ম নাইবা খোঙচৎ অদুবুনি। অসুম্না লিংনরিবা লোক অয়ুক্ত ইন্সটিট্যুসনশিংনা পীরক্লিবা মমী অদুদি অয়াম্বনা লৈঙাক ৱায়েলগী অনেম্বা থাকশিংদা কান্নবা ফঙলি অমসুং মীয়ামগী ইচম চম্বা অৱা অনা কোকহনবদা কান্নরি হায়বা অসিনি। অদুনা লৈঙাক ৱায়েলগী অৱাংবা থাকশিংদা লৈরিবা শেঙ্গা থুমজাগী মরু ফুকতোকপদা করিসু ওইদ্রি হায়না পল্লি।

কেস হিষ্টরি অয়াম্বনা সরকারগী মায়কৈদগীদা নত্তনা ৱাকৎলিবশিংগী মায়কৈদগীদু কো ওপরেসন ৱাংলকপগুম্বা নম্না থেংনৈ। ভারত অমদি অতোপ্পা লৈবাক ওমবজমেন ফংসন তৌরিবা অসিদগী য়েংলুরগা হায়রিবা থবক মচেৎ মশুং অসিনা কান্নবা ফংহল্লিবশিংদি মহৈরোয়শিং, অৱাংবা থাক্কী নৈনবা একাদেমিসিয়ানশিং, লৈঙাকলোইশিং, জর্নেলিষ্টশিং অমসুং খুন্নায়গী কয়াংশিংবু শেমগৎ শাগৎপদা পুক্নিং লুপ্লিবা মীওইশিং অদুনি। মরম অদুনা ইণ্ডিয়ান কনটেক্সতদি, রাজনীতি অমসুং লৈঙাক থৌদা পাঙবগী, শেঙ্গা থুমজা মায়োক্লবদা অমসুং প্রজাশিংগী অৱাবা কোকহন্নবগী উপায় মেকানিজম অমা ওইনা ওমবজমেন লিংবগী পান্দম ফংগে হায়রবদি ইং ১৯৬০গী অঙনবা শরুক্তা য়েংথৎবা তাই হায়না মোং পীরি।

ঙসি ভারত্তা এন্টি করপসন এক্ট কয়া লৈরে। রুলস এন্দ রিগুলেসন কয়া লৈরে, ইনভেষ্টিগেটিং এজেন্সিশিং অমসুং লো ইনফোর্সমেন্ট ইষ্টাব্লিসমেন্টশিং কয়া লৈরে। অদুবু মখোয়না শক্তি ফুদোকপা ঙমদবদি শেলগী শক্তিগী মমাঙদনি। মসল, মেনিপ্যুলেসনগী মমাঙদা মপাঙ্গল পাঙখি। ইনভেষ্টিগেটিং এজেন্সিশিং অমসুং ভিজিলেন্স বোদিশিংনা নাম্না শোয়রবা মীগুম মতমদুদা মায়থিবা নংঙি অদুগা, অৱাংবা থাক্কী হাবী জাবী য়েংশিনবগী থৌদোক্লা হেন্না মায়থিবা নংঙি হায়বসি লোক অয়ুক্তগী শক্লোন ওইরি। ❑

# মণিপুরি নেসনেলিজমগী ৱাখৈরোল

ঙসি লমদমসিদা থোক্লরিবা অচুম অরানগী মমিৎ পান্দ্রবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসি উরুরগা অচুম্বা পাম্বা মীওইশিংগী মফমদদি ওন্থোক্লা খাঙবা ৱারমগনি। অচুম্বগী মশক তশেংনা খঙবা মীওইগী মফমদদি অচুম্বনা মায়থীফম থোক্তে খঙবা মরম্না মসিগী শাফু খাঙশিন্নবা অমসুং মমায় চুম্মিন্নবগা লোয়ননা মাগী মায়পাকফম পম্বুংদু পুক্লিংগী মিৎনা উবা ফংলিগনি। লৈবাক মীয়ামগী মফমদদি, অচুম্ববু অরানবনা নমথদুনা কুইনা লৈরক্লবা, মদুগী অচুম অরান পুম্বা মকোক মরু ওইবশিংনা খঙলক্রবা মতমদা চৈনা খাঙলিবা মীওইশিংনা অহানবা শাস্তিগী থবক তৌরম্লবসু, মদুদা য়ারক্ত্রবদি, অঙম্বা উপাই শীজিন্নরকপা মশানা তাবা ৱানি। মখোয়না লৈঙাক মপুশিংগী মায়োক্তা চোঙথোরক্কনি, মখোয় মরোমদোম লেপচগে হায়রককনি। মতম কুইনগীদমক মশাগী ঈচেল চুমজবা পুৱারীবু নমথদুনা থম্বীরক্লবা, রাজনিতিগী ফংফম থোকপা হক ফংলক্রবা, মশাগী লৈজরম্বা শক্তম কায়বগী অকিবা লৈরক্লবা মতমদা নীঙবা কায়বগী পনখৈ লোমলক্লনা নহা অহল খাক্তনা চেম্থোক্লরক্কনি। অশাও খাম্বী মৈরীনা মায়কৈ শীন্না চাকলক্কনি। লমদমসি লানবুং ওইখিদুনা তম্বা ঙমদবা ফীভমদা লাকখিবা য়াই।

মতমদুদা মাঙজগদৌরিবসি মপম্থোংদা পুকচেল ফজবী নুংদা হু পুবী ভারত নত্তে, ঐখোয়নি। মসি চহী ২০০০ হেল্লবা মণিপুর পুৱারীগী ৩শুবা চাংয়েংনি। খোঙফম অমত্তং শোয়খিবদা ঈ মরী শোক্কদৌরিবনি, ঙমখৈ কায়বা য়ারিবনি।

মতাঙসিদা ঐখায়না তুংকোইহবা মীৎয়েং য়েংবা তারকই। জাতিগী এজেন্দা ওইবশিং মুন্না য়েংবা তারকই। মসিগী মনুংদা মণিপুরি জাতি শাগৎপগী লেপ্পা নাইদবা খোঙচৎ অদু মখা শম্থবা তাই। অনৌবা মথেল এজেন্দা য়াওবা তাই। হীরম অসিবু মরৈ মুন্না পায়খৎপা ঙম্নবদি থোক্লিবা ৱাথোক পুম্না ৱাখৈবা ঙমগনি অমদি, তুংদা লাকপা য়াবা অরুবা ৱাফম কয়াবু শন্থাইনবা ঙমফম থোকই। অসুক্কী মতিক থুপখ্রবা জাতিগী হীরম অসি ঙসিমক পায়খৎপগী তঙাইফদবা ফাওনরি। ***পুক্লিং ঈরা চেনবা ৱা হাক্লা য়াৱা চাওফরোইয়ে, মদু খঙনা ঙমদাইয়ো*** হায়বা ***মতমগী খোঙলৈ পুয়ানা*** লাইপাও চেল্লকপা য়াৱাবু লায়থোক্তনা, হীরম অসিদা মায়কৈ খুদিংগী লুপশিং অমসুং মরুওইবা মীওইশিংগী পুক্লিং চিংশিন্দুনা অমসুং তেংবাং লৌদুনা তৌফম থোকপা মথৌ তাবশিং পায়খৎমিন্নবতনা ঙসিগী চয়েৎ চনৈনরবা অরুবা ৱাফম অসিগী ৱাখৈরোল ওইগনি।

ঙসি লমদমসিদা লৈরিবা ফুরুপ খুদিংমক মণিপুরী জাতি ওইরি হায়বগী চাওথোকচবা পোক্লা হিংমিন্নবা হায়বসি ময়েক লাবা হেনহনগদবনি। তাঙ্কক অসিদদি হায়রিবা থাক অসি য়ৌনা চঙশিনমিন্নবগী অরায়বা ওইদ্রবসু পুৱারীনা মোং হাদনা

চেম্থরকখিবা অদুঙৈগী ঈচেলদু মখা শাংথনা লেপ্তুনা চেম্থবা ঙম্লবদা পুম্নমক ঈচেল মমাঙদা লৈকল নুঙ্গাঈ ওইরম্বদগী লৈঙোই ওন্দুনা লমদমসিগী, জাতিসিগী লৈহাও ওন্থোকখিবা হায়বা অসিমদি পুৱারী মশাগী খোঙচৎনি। জাতি লিংখৎপগী ঈহৌ হায়বসিদি কনত্রবা শক্তিনি। ঈরৈবাক ইজাতিনা কৎথোক্লবগা লোয়ননা ঐখোয় মীয়ামগী পুন্সিনা অকক্লবা থাক কয়া কয়া ফাওদুনা লাকখিবা অদুগুম্বা জাতি অদুগী ঈহৌনি। মণিপুরি জাতিগী ওইবা খুনাই অমসুং নাৎ হায়বসিগী ৱাখল্লোন লাক্লিঙৈগী মমাংদদি, সলাই লৈবাকশিংনা পীক্লবা ফুরুপ মচা মচা ওইবগী পুন্সিদা হিংলম্বদগী মমৈদা, মণিপুরি জাতি অসিনা খুনাইগী ওইবা শেনমিৎলোন্দা অমসুং নাৎকী ওইবা পুন্সিদা তাংদুনা মথং মথং চাওখৎখিবগী থাক অসি য়ৌনা হিংলকখিবনি। জাতি অসিগী মনুংদা লৈরমখিবা ফুরুপশিং অদুগী অপুম্বা শক্তমবু ঙাকচনবগীদমক মতীক চানা খঙজ উজবগা লোয়ননা মশাগী থোইদোক হেন্দোকপা লৈঙাক ৱায়েল চত্থনবগী পাঙ্গল লৌশিং লৈজরকপনি। জাতি অমা ওইবগী হৌনবী, মণিপুরি জাতিগী টেরিটোরি লৈজরকপা, লৈবাক মীয়ামগী ওইবা ৱাখল অমসুং অচেৎপা পুকচেলগী চাং ৱাংনা লৈজরকই। অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংদগী তোপ-তোপ্পা থোইদোক হেন্দোকপা শক্তম লৈজরকই। নীঙশিংবা য়াই। অদুঙৈগী নিংথৌজা সলাইগী লৈঙাক ৱায়েলগী মখাদা লৌচা পথাপকি খুনাই লিংদুনা মৈত্রবাক্কী মীয়ামগী পুক্লিংদা অমত্তা ওইবগী ৱাখল পোক্লদুনা খুঞ্জাও লৈচাওরকখিবা অদুনা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা ম্না হাক্তক (১৪৩২-৬৭) দা পুমলোই লোইদুনা মপুং ফাবা নেসন ষ্টেট ওইরকখিবগী পুৱারী অদুনি।

জাতিগী ঈহৌসি লিংখৎপা মতমদা তাঙ্কক অনীদং তোপ তোপ্পা মণিপুরগী পুৱারীদা থোকখিবদু য়াম্না মরু ওই। ইং ১৮১৯-২৬ চহী তরেৎ খুন্তাকপদা মণিপুর হিংগদ্রা হিংলোইদ্রা হায়না মীয়ামদা ফাওহনখি। অৱাশিংগী থৌওংনা তাকপদি, লৈবাক অসি মালেম লৈমায়দগী মুথৎকে হায়বগী পান্দমগুম্না চত্থখি । মদুগী ফল ওইনা খুন্তাকপনা মণিপুর মীয়ামগী মফমদা সনানা মৈনুংদা ফুদোংবগুম থোকহনখি। মদুনা জাতিগী ঈহৌ শাগৎপগী খোঙফম পীখি। মণিপুরী জাতিগী লূরবা ঈচেলনা মণিপুর মীয়ামগী লূ-তোং শীন্না চেম্থহনবা ঙমখিবা অসি ঙসিগী থৌদোক্লা য়েংখৎপা মথৌ তারি।

মথংদা এংলো মণিপুরী লান (১৮৯১)না লৈবাক অসিগী তুংগী পুৱারীদা অমসুং রাজনিতিদা অচৌবা অহোংবা অমা পিখিবা তাকক্লি। মদুনা মণিপুরী জাতিগী তোপ তোপ্পা শক্তমদা অচৌবা চৈথেং পিখিবগী শাথিরবা তাঙ্ককনি। মদুনা মণিপুরগী রাজনিতিগী তোপ তোপ্পা শক্তমু পুল্লপ হোংহন্দুনা, মশাগী লৈজরম্বা মনিংতম্বা থাক্তগী বৃটিশকী মখাদা লোইলম লৈবাক অমা ওইনা চিংথরগা মশাগী রাজনিতিগী শক্তম ঙাকপা ঙমদবগী তঙ্কক অমা মায়োক্লখি।

অদুবু লানগী চৈথেংনা মণিপুরদা রাজনিতিগী থাক্তা শাথিবা চৈফু পীরবসু মদুনা মণিপুরি জাতি শাগৎনবগী ঈচেল অদু ঈনোৎ কন্না চেম্থনবা মরম ওইখি। মণিপুরি মীয়ামগী থমোয় খুদিংদা ঈনোৎ ফাওরক্লিবা জাতি শাগৎপগী ৱাখল্লোন অদু থোইনা হেন্না মরা চেৎহনখি অমসুং ঈথক ঈপোমশিংদু ঈচেল পুন্নবা ষ্ট্রিমলাইন তৌবগী মথৌ তারকখি।

অসুম্না বৃটিশ লোইহলমগী লৈঙাক ব্রায়েলনা লৈবাকসিদা পীরকখিবা অহোংবশিং অসিনা জাতিগী ব্রাখল্লোন্দা চাওনা চৈফু পীরকপদগী মীয়াম্বু তুমলুবদগী মীৎকপ থোকহনখি। মদুগী অহানবা পাওখুম ওইনা নুপী কাওলুপ্তুগী ইং ১৯০৪দা লাকখি। মতমদুগী নুপী ঈহৌদু মশিং য়াওজদ্রবসু বৃটিশ লৈঙাকপশিংগী শক্তিদা চৈফু অমা পীবা ঙমখি, মদুমক্তা মণিপুরী জাতিগী ঈহৌদা লৈহাও য়াম্না কাহনখি। অদুবু মণিপুরবু ভারতকী যিথান্দা পুন্সিনশ্রবা মতুংদা মমা লৈবাক শেংনা নুংশিজবা মীয়ামগী মফমদা শাথীনা নীঙবা কায়হনখি। মণিপুরী জাতি শেমগৎপগী লোইশিনহৌদ্রবা মখাক অদু কোইচাই চাইদুনা লক্ষ্যাংনরকখি। য়াম্না লুবদি, নীংতম্না হিংবগী পুন্সি মহিং কায়নশ্রবা মীয়াম্না মণিপুরি জাতিগী ঈহৌ মায়কৈ চুম্না পুথবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। মীয়ামগী পুক্নিং হুকচাংদা চেল্লিবা ঈগী ঈচেলদা নপচ-তাংজবগী ব্রাখলনা মরা তাশ্রবদা জাতিগী অশেংবা ঈহৌগী ঈচেলনা লেপ্তুনা চেম্বুবা ওইথোকপা নত্তে। জাতিগী ঈহৌনা তাথিনা মৌনরিবসি মীখা পোনবা পুন্সি মহিং অসিনি।

মরম অদুনা, ঙসি থোক্লিবা সিজফায়রনচিংবনা মণিপুরগী ঙমখৈদা অকিবা পীরকপদা নত্তনা ঈ মরীদা শীঙচেপ থারক্লিবা অসিমক মণিপুরি নেসনেলিজমদা লৈহাও কাহন্দবা নত্তে। মীখা পোল্লীঙৈদগী নীঙতম্বগী পুন্সিবু শেন্নগনি হায়বা কাওরুরবা ইজাতিগী মীয়াম্না অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি য়ৌরবা ফাওবদা মিৎকপ থোকহৌদবা তারবদি, মরৈ মুন্দ্রি হায়রিবা ঙরাংদা নাগা চীংদগী শন্দোকখিবা নাগানাইজেসনগী মহুমদা মঙলাক্ল খিবা য়াবগী অকিবা লৈরিবনি। লেপ্তুনা মতমগী খোঙলৈনা তপ্পম্বদগী চেনখৎলক্কুনা নোংলৈ নুংশিৎকুম নৈথেক-নৈথেক্কুনা শীৎচিল্লক্লি।

অসিগুম্বা তানফমসি দাজাতি শাগৎপগী য়ৈরক্লিবা পুংখোল অসিনা ঙসিগী মীরোনবু নেসনেলিজমগী ইনফোর্মেসন হেন্না পীগদবা লৈরি : ১) ঙসিগী এড্যুকেসন সিষ্টেম অসিগী মনুংদা নেসনেলিজমগী পুক্নিং শুস্কাৎলবা পারাশিং চৎনহন্দুনা ঙসি হৌগৎলক্লিবা অপুম্বা জাতি অসিগী লেমজনিংঙাই ওইরবা মশক অদু শেংনা তম্বীদুনা নৌরিবা নহারোলগী লূ-তোংদা চঙহন্দুনা ইরৈবাক ইজাতি অসিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা পোকহনগদবনি। ২) ফুরুপশিংগী মরক্তা ফাওনলোন ওইরিবা মীতৈলোন শেমগৎতুনা অমসুং অতৈ ফুরুপ খুদিংমকী কম্মন ওইবা য়াবা মরু ওইবা ফজবা লোনশিং পুশিল্লক্কুনা মসিদা হাপচিল্লগা মীতৈলোন ইনাকখুলহন্দুনা মখল মথেল য়াল্লবা মণিপুরগী ফুরুপ খুদিংমকপু লোনগী মতেংনা কোনশিন্নবা হোৎনফম থোকই। ৩) শেন্দান থুমদানবদা চীংমী-তম্মী ফুরুপ খুদিংমক শরুক য়ামিন্নবা য়াবা থৌশিল পায়খত্তুনা অনৌবা ষ্টেটকী শেনমিৎলোন শেমগদবনি। চীঙ অমসুং তম্পাক্কী লৈহাও লৈরবা লমদমশিংদা পুল্লপ পুল্লপ শুমিন্নহন্দুনা অমসুং কৈথেল কামিন্নহন্দুনা চীঙ-তম তোরোৎ খোইদাহন্নবগী থৌশিল য়াৎপীগদবনি। তোঙান তোঙানবা মচুগী মণিপুরগী ব্যুরোক্রেট ক্লবশিং, খুন্নাইগী লুপশিং, য়াইতোং ফমদোংবশিং, খুল্লাকপশিংগা পাও হোদোক্লদুনা পুন্না শু-নোমিন্নবগী অমসুং

শেন্দানমিন্নবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈরি। ৪) চীঙদা তম্মী খুন্দাবা য়াবগী ওইথোকপা য়াবশিং রাজনিতি অমসুং খুনাইগী থাক্তা য়াম্না কন্না হোৎনফম থোক্লে। লোইলমগী আইন্না চীঙ-তম লাপ্পহন্নবা হোৎনরবসু ঈ মরীদি খাইনদ্রি। মদুদা খোঙফম হক্লগা চীংদোল লোম্না কাবা তাই। ঈ মরীগী য়ুমলোন্নবা মশক খঙবা ঙমদ্রগা করম্না মীৎয়েং পাক্তদৌরিবনো ? ৫) জাতিগী অপুন্বা শক্তম ঙাকপদা ঈশৈ-নোংমাই, লিলা-দ্রামা, কলাগী মফম চাওই। ফুরুপশিংগী লিরবা নাৎ, চৎনবীশিং, য়োকখৎপনা জাতি শাগৎপা অমসুং মরা চেৎহনবগী চাওরবা য়ুম্ফমনি। য়াম্না মরু ওইবদি চারৌ মৌরৌনবগী চখরক্লিবা লন্নাইগী ফীভম অসি খুনাইনা মতেং পাংশিন্দুনা হেন্না মরা চেৎহনবগী মথৌ তাই।

মরম অদুনা ঙসি ফাওবদা থোকপ্রিবা মণিপুরগী অন্নাবা থৌদোকশিংগী মনুংদা মতম অসিগী থৌদোক অসিমুক খোয়রাঙবা য়াওখিদ্রি। লুরবা তাক্কক অসিদা লমদমসিগী মমি শান্নবা মীয়ামবু তাশিন খোমজিন্দুনা পূন্না হিংমিন্নবগী অথুপ্পা মঙাল অমা পীবা ঙমগদবদি অতৈ নত্তে, মণিপুরী নেসনেলিজমনি। মণিপুরগী পুৱারীদা পুৱারীগী লীক্কম্না তৎকে তৎকে তৌরক্লবা মতমদা অপাম মিহৌবা মচেৎ অমত্তা পকখিদ্রবা অদুঙৈগী হীরাচন্দ্র কয়া পুৱারীগী তোরৈ খুদিংদা কাপথোরকপা ঙমহল্লিবসি অতৈ নত্তে, মণিপুরী নেসনেলজিমনি। ❑

## মীওইবগী হক তুহৎপীরিবা

# ভারত লৈঙাক্লোন

মালেমগী ওইনা '*মীওইবগী হক কনবা নুমিৎ*' হায়না ডিসেম্বর ১০দা চহি খুদিংগী পাঙথোক্লরি। জেনেরেল এসেমব্লিগী ৱারেপ ২১৭ এ(থ্রি)না লাওথোকখিবা "*য়ুনিভর্শল ডিক্লারেসন ওফ হ্যমেন রাইটস*" অসিনা মালেমগী লেম্ফু ওইরগা পোলিটিকেল, ইকনোমিক , সউশল, কলচরেল রাইটশিং মালেমগী মফম পুম্নমক্তা ফংহনবগী পান্দম তৌরকই। ইং কুমজা ১৯৪৫ ওক্টেবর ২৪দা মালেমগী লৈবাক ৫১গা লোয়ননা য়ুনাইটেদ নেসন্স ওর্গানাইজেসন পোকখ্রবা মতুংদা, মীওইবা পুম্নমক্কী হক কঞ্জনবা ইং কুমজা ১৯৪৮ ডিসেম্বর ১০, ইরাই নুমিৎকী নোংয়াই চবুক্তা ফ্রান্সকী লূ-হেল্লবা কোনুং পেরিষ্টা '*য়ুনিভর্শল ডিক্লারেশন ওফ হ্যমেন রাইটস*'কী চেরোল অদু সহি তৌনখি।

ইং ১৯৬৬তা রিপব্লিক ওফ ইণ্ডিয়া য়াওনা লৈবাক কয়ামরুম্না মীওইবগী হক শোয়দ-ঙামদনা ঙাক্কনি হায়না সহি তৌনখি। ইং ১৯৯৩ জুন থাদা মালেমগী মীওইবা কাঙলুপ্পা হক কঞ্জনবগী মীফম অমা ভিয়েন্নাদা পাঙথোক্লুনা লৈবাকশিং অসিগী ফিরেপ

হেন্না চেৎশিনহনখি। মখা তারকপা মহয় ওইনা ইং ১৯৯৩ ডিসেম্বর ২২দা ভারত পার্লিয়ামেন্টনা 'হ্যুমেন রাইটস বিল' পুথোক্লুনা চৎনখি। মদুগী মমাং ওইরপ্না নেসনল হ্যুমেন রাইটস কম্মিসন লিংখৎখ্রে। মণিপুরদসু ষ্টেটকী থাক্তা চহিসিগী জুন ২৭তা লিংখৎখ্রে।

মিনি ইণ্ডিয়ানি হায়নসু খণ্ডনরিবা, তোঙান-তোঙানবা লোন, লায়নিং কয়াগী ফুরুপশিং লৈমিন্নরিবা মণিপুরদা অসুক কুণ্ডনা থোক্লিবা মীওইবগী হকপু তুহৎ-নৈহৎপীবগী থৌদোকশিং অদি য়াম্না চুম্না থৌনা ফনা, হৈনা শিংনা অমদি মায় পাক্না থিজিন্দুনা, অৱাবা তারবা মীওইশিং অমদি মখোয়গী ইমুং-মনুংদা আইনগী ওইবা রিমেদি ফংহন্দুনা মতিক চাবা কম্পেনসেসন পীহনগে হায়রবদি অমসুং মীওইবগী হক মাঙহল্লিবা মরাল লৈবশিংবু চৈরাক পীহন্দুনা অসিগুম্বা থৌদোকশিং ঙম্লিবমখৈ থোকহন্দনবা হোৎনগনি হায়রবদি ষ্টেট হ্যুমেন রাইটস কম্মিসনসিগী মখুত্তা মরাঙ কায়না লৈরবনি। লমদমসিগী মীয়ামগী পুক্নিং ইহুল নীংথিনা খণ্ডলবা হ্যুমেন রাইটসকী হীরমশিংদা প্রেকটিকেল ওইনা হৈ-শিংলবা অমদি খঙ হৈরবা এক্টিভিষ্ট অমসুং, মথৌ নৈরবা মীওই অমা অনিদং কম্মিসন অসিদা য়াওখিবদা মীয়াম্না আশা তৌনিংঙাই ওইরবনি।

কম্মিসন অসি লিংদ্রিঙৈদা '*দ য়ং লোয়রস ফোরম*' (১৯৮৯) COHR (1993 JUNE), CLAHRO (1983) ***অল মণিপুর বার এসোসিএসন*** (১৯৯৩) অমসুং ***মণিপুর ক্রইমেন্স বলন্টরি এসোসিয়েসন*** (ফেব্রুৱারী ১৯৯৩) নচিংবা লুপশিংনা মীয়াম মরক্তা চঙদুনা মীয়ামগী অৱা অনা শরুক য়ামিন্নদুনা লাকখি। ভারতকী লৈঙাক্লোন্না ভাবত মশামক্কী মীয়াম্বু হক মৎপিরিবা অসি য়াম্না চুমদবা থবক্নি, মসিমক্না এন্টি ইণ্ডিয়া শাগৎচবা ইহৌ লাকনি হায়না মীয়াম মরক্তা লাওরকখিবনি। অৱাং নোংপোক্কী মীয়ামবু ফন্দামেন্টল রাইটস ফংহন্দনা ভারত জাতিগী ঈচেলদগী নাথৈহন্নবা মওংগী লৈঙাক্লোন চত্থদুনা লাকখি। মখল মথেলগী তমথিরবা অমুবা আইন কয়া লমদম অসিদা নম্ফুদা চৎনহন্দুনা মীওইবা মান্দ্রবা, মীওইবগী শাজৎ চৎহনদ্রবা অৱাং নোংপোক্কী মীয়াম্বু মীওইবা নত্তবগুম্না নমথবগী শাজৎ চত্থরক্লি। ***দ আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট ১৯৫৮, দ টেরোরিষ্ট এন্দ ডিসরপ্টিব এক্টিবিটিজ (প্রিবেনসন) এক্ট ১৯৮৭, দ অনলোফুল এক্টিবিটিজ (প্রিবেনসন) এক্ট ১৯৬৭, দা পঞ্জাব সিক্যুরিটি এক্ট ১৯৫৩*** অসিনচিংবা এক্টশিংনা মীয়ামগী ফন্দামেন্টল রাইটস তুহৎপীদুনা লাকখি।

মীওইবা অমনা মপুং ফাবা অমদি মতিক মগুণ লৈবা মী অমা ওইনবা হোৎনরকপা মতমদা তঙাই ফদনা চঙদবা য়াদ্রবা, হায়বদি, তৎন-থানবা য়াদ্রবা খ্বায়দগী মরু ওইরবা হকশিং অদু মাঙলবদা মতিক মগুণ লৈবা মপুংফাবা পুন্সি ওইহল্লকপা ঙমহন্দে। মশাগী অপাম্বদা য়ুম্ফম ওইদুনা মপুং ফাবা পুন্সি অমা শেমগৎ শাগৎচবদা তঙাইফদনা চংবা মচাক হায়বদি ফন্দামেন্টল রাইটস অদু ফংহন্দনা লমদমসিগী মীয়াম্বু চহি কয়া চুপ্না তুহৎপিদুনা লাক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা য়েলহৌঙৈদগী লৈজরক্লবা ইন্দিজেনস পিপলশিং অৱাং নোংপোক লমদমসিদা হিংবা লুশিল্লকই। হিংফম লৈশিল্লক্লবা, মুৎথরক্লবা তাক্কক অমদা থমলকই। মশেল হাত্তোক্লিহনবা ইথনিক ক্লিনজিংগী

খায়দোক খায়জিনগী তমথিরবা লোয়লম লায়নানা নাহল্লকই। অসুম্না পিক্রবা ফুরুপশিংসি ঙসিদি নোংমা নত্রগা নোংমা মালেমসিদগী তাক্লগদ্রা হায়বগী অকিবনা খুদুম চনশিল্লকই। কায়থরক্লিবা লমদমসিগী শক্লোন অসিনা ব্রাহম্থোক পীবদি ভারত লৈঙাক্লা লমদমসিগী মীয়ামগী মীচঙদা লৈত্রে হায়বা তাই।

লান্মীদা পীশিনবা কা হেনবা শক্তিনা মরম ওইদুনা লান্মীশিংবু লমদম অসিদদি চুরাম্থাবগুম উহল্লি, মীয়ামদগী তোপ্না লৈহল্লি। তোখায়নহনবগী লীচংনা মরম ওইদুনা ভারত মশাগী মপারী মমোম কয়া মীনুংশি পোক্তনা ওৎ-নৈহৎপিরি, শাজিন্নবা এনকাউন্টরদা হাত্তোকপিরি। লোকেন্দ্রো, লোকেন, বিজয়কুমার, সনামচা, বোয়াই কয়াবু লান্মীনা ফাম্র গা মাঙহনখি হায়বগী নুংঙাইখিদ্রবা মৈচাক্লা মীয়াম্বু মেনষ্ট্রিমদগী লাপথোক্লহল্লি। মখোয়বু ফাদে হায়বা ভারত লান্মীনা চেল্লবসু, মদু মীনম্বনি হায়না মীয়াম্না খঙনৈ। মমৈদদি, ভারত লৈঙাকপশিংনা লান্মীবু শৌগৎতুনা অচুম অরান থিদোক্তবদা, ভারত মশামক্কী মীয়ামদা ভারতনা ময়েক শেংনা নমথাক তৌরক্লে, অমসুং লমদমসিগী মীয়ামগী ফন্দামেন্টল রাইটসপু ফংহন্দনবা ভারতনা আইন শেম্বদা নত্তনা হরাও কুম্মে অমদি নাৎনচিংবা মখল মথেলগী থৌওং কয়াদা খুং চঙলক্লে । ভারতকী হোম মিনিষ্টরমক্লা, অৱাং নোংপোক্তা লৈরিবা পেন্দবগী ঈহৌ অসিবু পোলিটিকেল প্রোব্লেম নত্তে, লো এন্দ ওর্দর প্রোব্লেমনি অমদি অদুম্না দিল তৌগনি হায়বা পোলিটিকেল ওইদবা ইন্দিবিজুয়েলিষ্টশিংগী সেন্টিমেন্টল ওইবা ৱাঙাংশিং অসিনা ভারত লৈঙাক্লোনবু মীয়াম্না চিংনবা হেনগৎলকই। ভারত লৈঙাক্লোন্না চত্থরক্লিবা পুকচেল শেংদবগী থৌদৌশিং অসিনা পুন্সিগী অশেংবা মহাও অমা মীয়াম্না ফংগনি হায়বা কৈদৌনুংদা থাজরক্তে। মসিদসু নত্তনা, ভারত জাতিগী ঈচেলসিদা কুমথদুনা পোলিটিক্স তৌরিবা লুচিংবশিংনা থম্মোয় শেংনা মীয়ামগী সেবা তৌরক্কনি হায়বগী থাজবদু মীয়ামদা ফাওহনবা ঙমলক্তে। মসিনা ঈরৈচাশিং মশেল থাজনরক্তবা অমদি অমত্তা ওইবগী শক্তম থুগায়রকই।

পুম্নমক অসি, য়াঙনা চেন্থরিবা মালেমগী ঈচেল অসিদা লমদমসিগী মীয়াম্বু যাওহন্দনবা, নাথৈনবা ফন্দামেন্টল রাইটস তুহৎপিদুনা লাকখিবগী মহয়ননি। ঙসিসু হেন্না হেন্না তুহৎপীরকপগী মতিক, মীয়ামগী পুন্সিনা জাতিগী ঈচেলদগী হেন্না হেন্না নাথৈহনবা তারক্কনি। *য়ুনির্ভসল ডিক্লারেসন ওফ হ্যমেন রাইটস*তা নত্তনা, ভারত সম্বিধান্না ভারতকী মীয়াম পুম্নমকপু শিহল্লোই নাহল্লোইদবা য়াইগুম, কয়াৎ ফিদুপ নাইনা ঙাক শেনবিগনি হায়না লাউনা ৱাশক্লিঙৈ খোঞ্জেল মরক্তা লমদমসিগী মী অশেঙবা, য়োং নত্তবা মীয়াম্বু মীওইবা নত্তবগুম্না মীওইবগী হক মাঙহন্দুনা নমথবিরি। ভারতকী মপুং ওইবা লমদমগুম্না *রুল ওফ লো*গী মতেংনা মীওইববু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা খুয়া তুশিৎনা হিংজবা ফংহন্দ্রি। মীচঙ-মীখায় নায়দবা অমদি মীওইবগী পুক্লিংনা য়ানিংগদবা আইন অমসুং গনতন্ত্রগী চৎন-লোনচৎ অদুমক লমদমসিদা য়ৌহন্দুনা জাতিগী ঈচেল ঈয়ায়দা থম্মোয় শেংনা কুমথনিংবগী অখন্নবা লৈঙাক পথাপ ফাওবা শেম্বি শাবিগদবা মতমদু লাক্কনি থাজবা ঙমদ্রে। ❑

## মালেমগী টুরিজম কৈথেলদা

# ঐখোয়গী লুকমায়

ঐখোয়গী টুরিজমগী মকুম-মথা লাক্লিবগী অকি অখঙনা কনফ্লিক সিচুয়েসনগী অকি অখঙনা লাঙ্গোই চনখিবদগী ওক্টোবর, নবেম্বরগী কুম হৌদ্রিঙৈদা টুরিজম সিজন লোইখিবগা চপ মান্নরে। অকিবা অমদি ৱার থিয়েটরগী শক্তম পুরিবা মওং অসিনা এশিয়া তম্না লাক্লিবা লমকোইবশিংদা হীয়াং অথৌবা শাদুনা কিহল্লরে। লমকোয়ফমগী হায়ন-শিংনরম্বা প্রোগ্রাম কয়া খঙতোক তোক্লরে, নৎত্রগা য়েথোক্লরে হায়বগী পাউ লৈরে। মসিনা সিবিল এভিয়েসন অমদি লোকেল ট্রান্সপোর্টকী পুক্লিং থৌগৎপদা নত্তনা লমদমসিগী শেনমিৎলোন্দা চৈথেং পীরে। লৈপাকমচা তাবা খুন্নাইগী থাকশিংনা ইংনা চীক্লা লৈমিন্নবগী ৱারী শানবা মোদেল অদু লৈত্রে। লম কোয়ফম তান্না চঙশিনবগী থৌদাং লৌবা জহাজ ফাওবা তশেংনা চোংথোক্লরক্ত্রে হায়বগী পাউ লৈরে। অসুক লাইবক থীবা অৱাবা তানফম অসি কৈদৌঙৈ লোইখিনি কনানসু হায়বা ঙমলক্ত্রে।

অহানবা ওইনা চৈনা ফংলিবসি নোংচুপকী লমকোয়বশিংনি, মরুওইনা আমেরিকা মচাশিং। মখোয়গী মীৎতা মুস্লিম মচা উবা য়াদবগুম তৌরে। মুস্লিম মচা খুদিংমক টেরোরিষ্টকী ভুটকুম্না উবগুম্লে। এন্থ্রাক্স বেক্তরিয়া পুবা টেরোরিষ্টকুম্না উরে। মালেমগী মুস্লিম লৈবাক ৫৬তা মখোয়গী লমকোয়বগী লম্বী অমত্তা ফাংলক্ত্রে। হোটেলশিং প্রাইবেটাইজ তৌনখিবা চাদা ৭০-৮০য়ৌনরকপা অমসুং লাক্লিবা টুরিষ্ট সিজনগী এয়ারলাইন রিজার্বেসন চাদা ২০ মুক হন্থবগী পাউ লৈরে। ইণ্ডিয়াগী টুরিজম ইন্দষ্ট্রিদা আফগানিষ্টানগী থৌদোক্না মৈশা লাংহনবা, কান্দহার এরোপ্লেন হায়জেক্ট, আমেরিকাগী শেল থুমগী মরী শোন্থরুরবা কয়া অসিনা ইণ্ডিয়াগী টুরিজম সেক্তরদা চৈথেং পীরি। হন্দক য়ুএস টালিবান মুক্লবা অসিনা চুম্নগী এয়ার পেসেঞ্জর ফাওবা চৈথেং ফংলকপদা নত্তনা এয়রলাই সার্বিস ফাওবা মশাগী নোর্মেল লম্বীদা পাইবা তোক্লরকপগী ফীভম য়ৌরে। নোংচুপকী সেক্তরশিংদা এয়র ইণ্ডিয়াগী খোঙচৎ পাইবগী প্রোগ্রাম ককথবা লৈরে। য়ুনাইটেদ এয়ারলাইন্স, নোর্থ-ৱেষ্ট এয়ারলাইন্সশিংনা দিল্লি তম্না পাইরক্লম্বা প্রোগ্রাম কয়া ককথৎনখ্রে।

অদুবু মালেমগী মনুংদা টুরিজমগী কৈথেল খ্বাইদগী চাউনা কারিবা লমদম অসি লান মায়োক্লবগী মওং লৈরবসু ভারত মনুংগী দোমেষ্টিক টুরিষ্টশিংদি অদুক হাক্না খুদোংথিদ্রি হায়বা য়াই। দোমেষ্টিক টুরিষ্টশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা য়াবা পাম্বে কয়া পুথোকফম থোকপা লৈরি। লমদমসিগী মনুংদা লৈরিবা লম্মিৎ-তুম্মিৎ, চৎনবী নাৎ, লোন, লাইনীং-লাইশোলগী খেৎনবা কয়া অসিনা লমকোয়বা মণিপুরি নত্তবা নৎত্রগা মণিপুর মচাশিংগী পুক্লিং থৌগৎনীঙাই ওইরি। মীতোপ-মীনৌশিংবু থীনা থীনা তৌবীবা, হাৎতোকপীবা কয়া অসিনা খুন্নাইগী থাক হন্থহল্লি, টুরিজমগী কৈথেলদা অকায়বা পীরি। লৈবাক মীয়াম্না খাঙঙমদনা অৱা মৈশা লাঙলি। হীরম অসোমদা লৈবাক খুন্নাইগী ৱাখল পীনদুনা

লমদমসিগী লৈবাক মনুংগী দোমেষ্টিক টুরিজমগী লম্বী শেমগৎপা অসিনা মতমগী মতুং ইন্না ওইরক্লিবা টুরিজমগী মকুম-মথা লোইশিল্লকপা অসিগী পাউখুম পীবনি হায়বা য়াই।

টুরিজম্না মালেমবু চাংখৎহন্দুনা তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিং নুং পান ফাওনা শকখঙনহন্দুনা নুংশি-চান্নবা পুরক্লবা হোৎনরি। মালেমগী লৈখ্রিবা ফুরুপশিং অসি মপাম্থোংদা তোঙান তোঙান্না উরবসু নুংদদি অমত্তনি হায়বগী পাউজেল শন্দোকপা নুমিৎ ওইরি। টুরিজম হায়বসি ***পার্সেপসন সেক্তর***নি হায়নরিবনি। অমরোমদসু, টুরিজম অসি শেম্থোক লম্বীদা থোঙ্গাল লাওনা ফাত্তুনা অমদি ইমপ্লোইমেন্ট ফাওবা পীবদা নত্তনা ঙসিদি মালেমগী মীওইবা জাতিগী তোঙান তোঙানবা সভ্যতাশিংবু হকথেংননা উনহন্দুনা ৱারী শান্নহল্লিবা য়াম্না মরু ওইবা ইন্দষ্ট্রি অমা ওইরি। মসিগী মরুমদা লৈবাক্কী শেনমিৎলোন ফগৎনবা, লৈবাক মশেল নুংশিননবা পান্দমদা মালেমগী লৈবাকশিংনা ৱার্ল্ড ট্রেদ ওর্গনাইজেসন শেমখিবদু পনবা য়াই। লুপ অসিগী জেনরেল এসেমব্লিনা চহী খুদিংগী সেপ্টেম্বর ২৭ সি ***ৱার্ল্ড টুরিষ্ট ডে*** হায়বা পাঙথোক্লবা ইং ১৯৭৭তা ৱারেপ লৌখি। চহি খুদিংগী তোঙান তোঙানবা থিম হোং হোংদুনা অখন্নবা থৌরাংশিং পায়খত্তুনা লাক্লি। চৎলিবা চহি ২০০১ গী থিমদি : ***শান্তিগীদমক খুৎলাই ওইনা অমসুং মালেমগী সভ্যতাশিংগী মরক্তা ৱারী ৱাতাই শানবা ওইনা টুরিজম*** হায়বা অসিনি।

অতোপ্পা লৈবাকশিংদগী লাকপা লমকোয়বশিংনা লমদমসিগী লৈবাকমচা তাবগী থাক সভ্যতা নৈনরক্কনি। লমদমসিগী মীওইশিংনা মপান্দগী লাকপা লমকোয়বশিংগী সভ্যতা অদুবু হংদুনা, নীংশিংদুনা ৱারী শান্নগনি, নৈনগনি। ঐখোয়গী সভ্যতাগা মখোয়গী সভ্যতাগা হকথেংননা ৱারী শান্নগনি। থোং মান্নদ্রিবা সভ্যতাশিংবু চিংখৎনবা অমগা অমগগী মরক্তা লৈরম্না খেৎনবা সভ্যতাশিংবু চিংখৎনবা হোৎনবা অসি হন্দক্কি টুরিজমগী পান্দমনি।

তশেংনমক টুরিজম হায়বসিদা, মতম খরগীদমক ঐখোয় মীওইবনা ইশাগী য়ুম থাদোক্লগা মপান থোক্তুনা লমকোয়বা অসি চৎনৈ। মসিদা লমদম অদুদগী ফংবা য়াবা খুদোংচাবশিং পুম্নমক শীল লাওদুনা থম্বীবগা লোয়ননা খুদোংচাবশিং অদুবুসু ফংহনবা তাই। টুরিষ্টশিংনা লম কোয়রকপা মতমদা, মখোয়গী খুদোংচানবা ট্রান্সপোর্ট, হোটেল, লেকফম চাফম লোজ অমদি রেষ্টোরেন্টনচিংবা শেমগৎতুনা থম্বা, মখোয়না চৎনিংবা মফমদা লমজীংবীবা, শান্ননিংবা শান্নহনবা অমসুং লৈনীং-চানীংবা পোৎ-চৈ ফংহনবগী খুদোংচাবা অসিনচিংবা থৌওংশিং অসি টুরিজমগী মনুং চল্লি। অদুবু পুম্নমক অসিদি চাউখ্রবা থৌশীল অমগী মনুং চন্না পায়খৎপা তারকপদা সরকারনা মদুগী থৌদাং লৌবদা নত্তনা লন্নাই লুপশিং, লন্নাই মীওইশিংগী মায়কৈদগী তঙাইফদ্রবা মতেং য়ামনা চাউই। অসিগুম্বা থৌওংশিং অসিবু পুনশিল্লগা টুরিজম হায়না খঙনৈ।

ভারতকী ওইনদি টুরিজম চাওখৎনবা খোঙথাং অসি ইং ১৯৪৫দা থাংবা হৌখিবনি। মতমদুদা ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ এডুকেসন্না ***সার্জেন্ট কম্মিটি*** অমা লিংখৎখি। মদুগী রিপোর্টনা ইং ১৯৪৬তা কম্মিটি অদুনা সেন্তরদা টুরিষ্ট ওর্গনাইজেসন

লিংখৎপগা লোয়ননা মতমদুগী বোম্বে, দিল্লি, মাদ্রাজ, কলিকতাদা রিজনেল ওফিসশিং লিংখৎনবা রিকমেন্দ তৌখিবনি। অদুগুম্না এম্বেসিশিং অমসুং কন্সুলেটশিংদা অপিক অপিকপা টুরিষ্ট পুব্লিসিতি লিংখৎনবা রিকমেন্দ তৌখিবনি। ইং ১৯৪৮দা ***এদহোগ টুরিষ্ট ত্রাফিক কন্মিটি*** অমা লিংখৎপগা লোয়ননা টুরিষ্ট ত্রেফিক ব্রাঞ্চ কয়া লিংখৎখি। ওফিসনা দিল্লি, বোম্বেদা ওইখি। লৈবাকসি চাওখৎনবগীদমক ইং ১৯৫০দা ***সেন্ট্রেল এদভাইজরি কন্মিটি*** শেমদুনা সরকারবু পাউতাক পীখি। ইং ১৯৫৩দা ***আমেরিকান টুরিজম প্রমোসন গ্রুপ*** লিংখৎপগা লোয়ননা শ্রীনগরনচিংবদা ব্যুরো কয়ামরুম লিংখৎখি। মসিগী মথংদদি ট্রান্সপোর্ট অমসুং কম্যুনিকেসন্স মিনিষ্ট্রিগী মখাদা তোঙানবা টুরিজম ডিপার্টমেন্ট লিংখৎখি। ***ঝা কন্মিটি***না রিকমেন্দ তৌরবা মতুংদা কোর্পোরেসন অহুম - ১) ***ইণ্ডিয়া টুরিজম হোটেল কোর্পোরেসন***, ২) ***ইণ্ডিয়া টুরিজম কোর্পোরেসন***, ৩) ***ইণ্ডিয়া টুরিজম ট্রান্সপোর্ট অন্দরটেকিং*** লিংখৎখি। অহুম অসিনা ইং ১৯৬৬ ওক্টেবরদগী হৌদুনা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা ***ইণ্ডিয়ান টুরিজম ডিবলপমেন্ট কোর্পোরেসন*** ওইনা লৈরকখি।

ভারতকী ওইনদি মপান লমদা খ্বাইদগী শেন্থোক চাওনা থাদোক্লিবা মণি মুক্তা অমসুং অকে অমৌগী এক্সপোর্ট ইন্টষ্ট্রিগী হেক মথংদা টুরিজম ইন্দষ্ট্রি লৈরে। টুরিজম কর্ম্মচারিশিংগী মশিং লাখ ৭৮গী মথক ওইরি। শেন্দান ওইনা চহিদা ক্রোব ৭২০ হেন্না তানশিল্লি। অদুবু মালেমগী থাক য়েংলুরগদি ভারতকী টুরিজম ইন্দষ্ট্রিগী শেন্দাল অসি মালেমগী মনুংদা চাদা ০.৭ খক্তনি। মালেমগী ওইনা চহীদা (বৃন্দ) ট্রিলিয়ন ৩.৫ কারক্তুনা খ্বাইদগী য়াঙবা মখলগী ইন্দষ্ট্রি ওইরি। মালেমগী ওইনা লমকোয়বা মীশিং ক্রোর ৫০ ওইরম্বদগী চহিচা অনৌবা লাকপদদি লুপা ক্রোর ৬৬তা হেনগৎলকপা য়াই হায়বসিনি। মণিপুরগী ওইনদি লম কোয়বা লাকপগী মশিং অসি ইং ১৯৮৭-৮৮ দা ৭১,০২৪ (ফোরেন্নর ৬৩), ১৯৮৮-৮৯ দা ১,২১,৩৩৬ (ফোরেন্নর ১৩৭), ১৯৮৯-৯০দা ১,১৯,৬৮০ (ফোরেন্নর ৭৮), ১৯৯১-৯২ দা ৯২,০৩৮ (ফোরেন্নর ৩৭৪), ১৯৯৯-২০০০ দা ৯৯,৭৩৪ (ফোরেন্নর ৩৩৫), ২০০০-০১ দা ১,০৪,২৬৩ (ফোরেন্নর ৪০৯) ওইরি হায়না টুরিজম লোয়শঙগী চেরোল অমনা হায়রি।

মসি উরুরগা, ঐখোয়গী লমকোয়বা লময়েংবগী মঙলান অসি অনৌবা নত্তে হায়বা খঙঙি। মসিগী মথক্তা হান্না মঙলম্বা ঐখোয়গী মঙলান অদুদগী অনৌবা মায়ওন হোংলকপা অমসু লৈরক্লবনি। অন্দমান নিকোবর অমদি লাদাখকী তাম্না লৈখ্রবা মফমশিংদা লমকোয়বগী অনৌবা মায়ওন অমা লাকখিবগুম্না অৱাং -নোংপোক লমদমদা মরুওইনা মণিপুরগী মচি মতাই কয়াদা লময়েংবদা মতিক চারবা মফম ওন্থোক্রা য়াম্না লৈখ্রে। মদুবু উপমহাদেশ অসিনা শকখঙবিদনা অমদি শেমগৎ শাগৎপিদনা লৈরি। অদুম্মক ওইদুনসু লৈজরিবা খরসিদা মপানগী লমদগী অমসুং ভারত মনুংদগী লম কোয়বা লাকপা মীশিং অসি অসুম হেনগৎলক্লিবা অসিনি। অদুবু ঐখোয়গী ইন্দষ্ট্রি অসিদা করিগুম্বা মীৎয়েং খরা চিংশিন্দবা য়াদ্রি।

মণিপুরগী চীং, পাৎ, তুরেল অমদি অতাঙবা হৈ-লৈ, শা-উচেক, অশঙ-অমান্না পীক থল্লবা, মচু কয়ানা লৈতেংলবা, য়েংলু-য়েংলুবদা লমকোয়বশিংগী পুক্লিং হুরবা চীং লৈবাক্লি। মসিগী মথক্তা লমদমসিগী ঈশৈ-জগোই, ইপ-ইপুনা থম্বীরম্বা লনগৈশিং, মশান্না কয়া মহৌশাগী শক্তম, মালেমগী মফম অতৈদা ফংদ্রবা শিরোইলিলি, জুকো লিলি, তাঙলবা শঙাই, মণিপুরী জগোই, উমং-লাই হরাওবা, চীংগী তোঙান-তোঙানবা ফুরুপকী হরাও কুমমৈশিং অমদি পুক্লিং হুরবা মফমশিং অসিবু টুরিষ্টশিংনা অমুক্তং য়েংলুরবদি, মখোয়গী থম্মোয়দা কাউঙমদবগী মমি তাহনবা ঙম্লবা মচাকশিংনা থল্লবা অদুগুম্বা লমদমনি হায়বসি মখোয়না য়ানিংগনি। ইনাক খুল্লবা য়ুরোপ-আমেরিকাগী লমকোয়বশিংনা খুৎশেমগী খুরা-দলান ফজবা য়েংবগী মহুত্তা মহৌশা ইমাগী অশেংবা মশক অমসুং ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা মীহৌরোলগী খুদম, কুম্মৈ ফিয়োংবু হেন্না য়েংনীংবা পোক্লরক্কনি। অসিগুম্বা ঈথিল অসিনা টুরিষ্টশিংবু খা-এশিয়ারোমদা হেন্না মায়ওন চুম্লকখিগনি।

তাঞ্জা অসিদা লাইবক থীবনা, মণিপুরগী তোপ তোপ্পা শক্তম্সু মপান্দা শক তাকপা ঙমদবদগী অমসুং মপানগী টুরিষ্টশিংনা চঙলকপা থিংবদগী সমস্যা কয়া মায়োক্লরি। রেষ্ট্রিক্টেদ এরিয়া পার্মিট সিষ্টেম্না অকায়বা ওইহল্লি, লৈরিবা লো এন্দ ওরদর অসিনা অকায়বা ওইহল্লি। লুট পাট চথরিবা লম্বীশিং, হাৎন-শুনবগী ইরাং লৈবা অসিনা মণিপুরদা লাকপা পাল্লবসু মদুগী মহুত্তা শিঙ্গাপুর, থাইলেণ্ড, ভারতগী গোৱা, সিমলারোমদা মমায় লৈবা তাখি। মালেমগী লমকোয়বশিংনা মণিপুরদা লাক্লিংবগী পাউ য়াম্মা তারবসু ঐখোয়গী ইন্দষ্ট্রি অসি ময়োল চোংহনবা ঙমদনা লৈরি। মসিগা লোয়ননা মতিক চাবা হোটেল, মোটেলশিং, টুরিষ্টকী পোখা শঙলেনশিং মতিক চাদে। মসি লৈতবনা অয়াম্বা ওইরি। গোলফ শান্নবুং, স্বিমিং পুল, এম্যুজমেন্ট পার্ক লৈত্রি।

হায়রিবা টুরিজম ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবগী লম্বীদা খন্নবা তারবদি, *টুরিজম পোলিসি* অমা শেম্বা চঙই। পোলিসি অসিগী মখাদা টেক্স থিবগী নিয়ম শেমদোক্লুনা ইকো টুরিজমগী লমজিং লমতাক্লোন অমা শেমদুনা ইন্দষ্ট্রি অসি চাওখৎহনবা য়াই। টুরিজম চাওখৎহনবা হায়বা অসিনা ষ্টেট অসি চাওখৎহনবা ঙমগনি। তৌবতবু মসি চাওখৎহনবা হায়বসিদা ষ্টেট সরকারগী দাইত্ব চাউই। লৈরিবা ভারতকী পোলিটিকেল সিষ্টেম অসিনা মথৌ তাবশিং তৌরক্কনি হায়না আশা তৌরুবা য়াদে। মরম অদুনা সরকারদা নত্তনা প্রজা কাঙলুপ খুদিংমক্না ভাব তামিন্নবগা লোইননা মসিগী থৌশিলদা শরুক য়ামিন্নবা অমা চংই। প্রজানা য়াওশিল্লক্লবা মতমদা ষ্টেট সরকারদা নত্তনা কেন্দ্রা সরকারগী থাক্তা থৌশিল কয়ামুক পায়খৎপা ঙমফম থোকই। টুরিজম ইনফ্রাষ্ট্রকচর ফগৎহনবা, নোংথক্কী লম্বী, রেল গাড়ি, অকে-অমৌগী বিজিনেস সার্বিস লৈহনবা তাই। ইন্দষ্ট্রি অমা ওইনা মরন্নাই শেন্দানজবা য়াবা মওংদা ত্রেভেল সারকুইটকী মওংদা রেলগাড়িগুম্বা কয়া অমা তৌবা য়াই। মদুনা টুরিজম ইন্দষ্ট্রিদা মমিং লৈহনবদা নত্তনা শেন্দানফম শেঙ্গোক য়াম্না লৈহনগনি। মালেমগী মমিং লৈরবা ইন্টর্নেসনেল কম্পেনিশিংগা পুন্না

পার্টনরসিপ ওইমিন্নদুনা মালেমগী থাক য়ৌহনবা য়াই অমসুং ইন্টর্নেসনেল কম্প্যুটরাইজদ রিজার্বেসন সিষ্টেম ফাওবা লিংখৎপগী পান্দম তৌগদবনি।

য়াম্না লুরিবদি, ঐখোয়গী ইরক্তা মপু ওইবগী ব্রাখল্লোন ফাওহনবগী তঙাইফদবা অসিনি। প্রজাশিংগী মরক্তা অমসুং থবক তৌবশিংগী মরক্তা দাইত্ব লৈবা ব্রাখল্লোন কয়াম ব্রাংলবগে হায়বা য়াম্না মরু ওইবা ৱাহং অসিনি। টেক্সি ড্রাইভরশিং, বস কন্দক্টরশিং, টুরিষ্ট গাইদশিংগী ওরেন্টেসন কোর্স পাঙথোকপম থোকপা লৈ। মপান লমগী টুরিষ্টশিংবু পিজ-পিথক তৌরিবা এজেন্সিশিং অমসুং ট্রাভেল এজেন্টশিংবু নীংথিনা টুরিষ্ট গাইদ লাইন পীবগা লোয়ননা রেজিষ্টর ফাওবা শোইদনা তৌহনগদবনি। টুরিষ্ট লোয়শঙগী অরুবা থৌদাংশিংগী মনুংদা ইনবাইরনমেন্ট য়োকখৎপগী থৌদাং চাউই। হিষ্ট্রিকেল মোনুমেন্ট, আর্কিওলোজিকেল সাইটশিং লৈবা আর্কিওলোজিকেল কমপ্লেক্সশিং অসি নীংথিনা ঙাক শেন্নবগীদমক মদুগী অকোয়বদা লৈরিবা ফীভমশিং অসি নিয়ম চুম্না প্লান তৌদুনা অমদি, মরম চাবা আইন শেমদুনা হান্নগী ফীভম কায়দনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। পান্দম অসিগীমখাদা লম শিজিন্নবদা মাষ্টরপ্লান তৌদুনা লম চাওখৎহনবা, টুরিষ্ট ফেসিলিটি পীবা, ইনবাইরনমেন্ট ফগৎহনবা, মহৌশাগী খল ঙাক্না থম্বা অসিনচিংবা তঙাইফদবশিং অসি ঙাক্না চংকদবনি।

হৌজিক ঐখোয়গী অৱাংপা কয়া লৈরিবদি, টুরিজম ইন্দষ্ট্রিদা চাওরবা মচল অমা পীবা ঙম্বদা নত্তনা মশাগী ইকোনোমি চপ চানা য়েন্নিং হুলহনবা ঙমগদবা মণিপুরগী টুরিজম ফেসিলিটি ঙসিমক লৈত্রি। কেন্দ্র সরকার অমসুং ষ্টেট সরকারগী মায়কৈদগী লৌখৎফম থোকপশিং লৌখৎপিদ্রি। ঙসিমক্কী ৱাফমদা শেমগৎ-শাগৎপদি লায়রদনা হান্না লৈজরম্বা ফেসিলিটি খিবিক অসি শেন্নবা ঙল্লক্ত্রি। ইম্ফাল হোটেল ফাওবা প্রাইবেটাইজেসন তৌবগী মিংদা সরকারনা থিংজিনখ্রে। হৌখিবা জুন থাদগী থবক পুথংলেপ লেপ্তুনা লৈরি। মদুদা লৈবা কর্ম্মচারি ৫৮ টুরিজম ডিপার্টমেন্টতা পুশিল্লক্তুনা থবক শিন্দোকফম খঙদনা লৈরি। থা অমদা লুপা লাক্ষ ৩.৫মুক তলব পীবদা চঙলম্বা শেনফমদু হান্না হোটেল মেনেজমেন্টনা কুপশিন্নবা থৌরাং তৌরম্বদু তোক্লগা দাউনসাইজিং লোমদা চথরি। মসি মখুং তানা চথদ্রবদি মুহম্মদ বিন টুগলকী থৌশিল ওনখিব্রা য়াই। অসিগুম্বা থৌশিল অসি খরা মুল্লা খঙহন্নীংঙি।

হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা ৱাফমদি, টুরিজম ইন্দষ্ট্রিগী পোলিটিকেল ৱিল অমা শেম্বা অসিনি। মদু থবক পাঙবা ঙম্বগীথৌনা অমা পুথোকপদুনি। মসিবু ঙল্লবতদা টুরিজম্না লৈবাক অসিগী শেনমিৎলোন্দা ফজরবা খুদোল অমা পীবা ঙমগনি অমসুং ঐখোয়গী ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবগী য়ুম্ফম থোনবা ঙমগনি। সরকারনা তৌগে হায়না খনবা সেরিয়স ওইবা মীৎয়েংগা লোইননা লম্নাই লুপশিং অমসুং প্রজাশিংগা খুৎশম্নদুনা চঙশিনবা তাই। ঐখোয় পুম্বনা টুরিজমগী মগুণ খঙনা থৱাই হকচাং য়াওনা হোৎনমিন্নবা তাই। অসিগী মথক্তা, অনীশুবা স্বিটজরলেণ্ডনি হায়রিবা য়েংলু-য়েংলুবদা পুক্লিং হনা ফজত্রবা চীংলৈবাক্কী ইমা মণিপুরগী করি অৱাংপা নত্রগা করি অশোয়বা লৈদুনা মপানলমগী টুরিষ্টকী মীৎয়েং চিংশিনবা ঙমদ্রিবনো হায়বসিদা ঐখোয়গী মীৎয়েং থম্লসি। ❑

# মীওইবগী হক কনবদা
# নোবেল প্রাইজ

ইং কুমজা ১৮৩৩ ওক্টো: ২দা স্বিদেনগী ষ্টোকহোমদা আলফ্রেদ নোবেল পোকখি। মপা ইবুংঙো ইমানুয়েল নোবেল আকিটেক্টনি, মমৈথংদা সাইন্টিষ্ট ওইখি। ইমানুয়েলনা চাংয়েং কয়া চখখি। গ্লিসরিন্দা নাইট্রোজেন য়ানশিল্লগা পোখায়বগী চাংয়েংশিং মাগী মনিঙ ইথ্মোলদা চথখি। মরমসিদগী মাবু কৈরোই লৈকাইনা তাম্ফোকখি। মমৈথংদা, মরৈবাক থাদোক্লগা, জার শাগৈনা পানবা রুশিয়াদা লাক্লুনা লৈরখি। মফমদুদসু চাংয়েং কয়া চথখি। মাগী ইমুং-মনুংগা সেন্ট পিটস-বর্গদা উন্নদুনা লৈমিন্নরম্মি। অঙাং লইরিঙৈদগী হৌনা আলফ্রেদ নোবেল মশা শোল্লি, অদুবু হৈ-শিংঙি। থুনমক মহাক্না রুশিয়া লোল শিৎ নান্না খঙদোকখি। মথংদা ইংলিস, ফ্রেন্স, জর্ম্মন। সাইন্সতা নত্তনা ফিলোজফি, লিটরেচর অমসুং শৈরেং ফাওবা মহাক্না নৈনরম্মি। চহি ১৭ শুরকপদা মহৈ তম্বা লোইরে। হৌজিক্তি ইমুংগী শিনফমদা চঙশিল্লক্লম্মি। মপা ইবুংঙোনা ঈশিং ঈমাইদা তাউহনবা মাইন বোম শারম্মী। ইং ১৮৫৮দা থোকখিবা ক্রিমিয়াগী লান্দা মদু শিজিন্নখি। রুশিয়াগী শক্তি লৈরবা জাহাজ ইঞ্জিনশিং অমসুং অচৌবা নোংমৈশিং শাদুনা মাগী শিনফম চাওখৎখি। অদুবু নোবেলদা খঙহৌদবা চৈফু অমা পীররে।রুশিয়ানা মায়থিরবা মতুংদা পেরিসতা য়ানচে অমা ইনখি, অমসুং আলেকজেন্দর টুনা রুশিয়াগী অনৌবা মপু ওইরম্মি। মহাক্না নোবেলগী খুৎলাইশিং অমুক হন্না লৈবিয়ু য়ারমদে। অৰাবগী পোৎহাপ ওইনা অমুকসু, মফম খঙহৌদবা লাম্মে অমনা নোবেলগী খ্বায়দগী চাওরবা ফেক্ট্রি অমা তুম্না মৈ চাকখি। মসিনসু লোয়দ্রি, থাম্মোয় কায়রবা নুংগী পোৎলুম অমসু নম্থরক্লে। ইমানুয়েলনা অতোনবা মচানুপা অমসুং মাগী নুপী পুরদুনা স্বিদেনগী ষ্টোকহোমদা চৎখি।

লান মতুংদা আলফ্রেদ নোবেল রুশিয়াদা লৈহৌরি, মনিং তম্না অনৌ অনৌবা পোৎ পুথোকহৌরি। সরকারনা য়াবিরবা মাগী অহানবা চাংয়েংদি ইং ১৮৫৭তা পুথোকপা গ্যাসকী চাং ওন্নবা খুৎলায় (গশোমিটর) নি। গ্লিসরিন্দা নাইদ্রোজেন য়ানশিন্দুনা শেম্বা মপা ইবুংঙোগী বোম মহী অমসুং নোংমৈ হিদাক অদু ফগৎহন্দুনা অশোয় অঙাম লৈত্রবা দাইনেমাইট বোম শাখি। মহাক্না শাবা বোম্না মালেমগী মীৎয়েং চিংশিল্লকখি। থৌদোক অমদা আলফ্রেদকী খুৎশা অমা ককখি। কুয়োমগী শয়োল চিংখৎপদা মতেং ওইনবা হিদাক *'কোল্লদিঅন'* তৈশিল্লগা ফি য়েৎশিনখি। মহিক মতাই চঙদনবা অনৌবা পাম্বৈ অদু মায় পাকখি। মদুনা থৌনা পীরকপ্লে; চাদা য়াম্খৈ হেন্না দাইনামাইটতগী শক্তি লৈহল্লবা অতোপ্পা চাংয়েং অমা *"ব্লাষ্টিং জেলটিন"* পুথোকখি। আল্পস চীঙশাং পরেংগী লৈনুংদা মাইল মাপল মখাই শাংবা চীঙনুংহুৎ 'সেন্ট গোথার্দ' অদুদা জেলটিন পোকখায়হনখি, অহোঙবা মমলদা য়াম্না থুনা হুৎপা ঙমখি। আলফ্রেদনা পুথোক্লম্বশিংগী মনুংদা 'গ্যাস চাকথেকহনবগী কান্নবা, কান্নুক য়াওবা এ্যসিদ পুথোকপা, ফোটো ফিল্ম শানবা প্লাষ্টিক, খুশেমগী মুগা ফি, রবর অমসুং লাম্মীশিংনা লানফমদা কান্নগদবা মৈখু থোক্তবা পাউদর পুথোকপা অসি মরু ওই।

অনৌবা পোৎ পুথোকপদা মপা লৈতনা মমিং চৎলবসু, মিংচৎ লৈরবসু, চুমথাং মখোংগী শেনফু অদুমক থোংনরবসু মশাগী অৱাৎপা অমনা মতম পুম্বদা লাঙ্গোই চন্দুনা লৈখি। মথন্নতা হংজে :"খ্বাইদগী মীতিন্নবা হৈজদ্রবা, মপাঙ পুম্নমক কায়নরবা মীশক অমখক্তু নোবেল ওইরবরা?" মথোৎ কারকপগী নুংশি নুংওলদা কুমথখি, চাংয়েংগা লোইননা, অহুমলক। অমত্তসু মহয় য়ানখিদে। কায়নবগী চৈনাখোল নংলবা মাগী থমোয়না কপচখি, খোঞ্জেল থোক্লা, মালেম পূম্বা তাহন্না। অচুম অরান ৱায়েল্লিবা লাইরেম্বীদা কৎখি, উপন্যাস অমা '*নেমসিস*' -পুন্সিগী অচুম্বা থিননবা ঈশৈগী ময়েক।

হৌজিক্তি মাগী লৈজবা লন থুম পুম্বা কখোল্লগে লেপ্লে। মহাক্লা পামজবা অদুমক মখুৎমক্লা দ্রাফট তৌদুনা চাওরাক্লা ইথোক্লে। বিজ্ঞান, সাহিত্য অমদি শান্তিগী লম্বীদা মায় পাক্লা লময়াল্লিবশিংবু মনা মথুম পীদুনা থৌগৎনবা 'উইল' তৌখি। মশাগী চহি ৬৩ শুবদা ইং কুমজা ১৮৯৬ ডিসেম্বর ১০দা মাগী লন থুম পূম্বা মীয়ামদা শিন্নরম্নগা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। উইলগী মতুং ইন্না, নোবেল ফাউন্দেশন লিংখৎতুনা ফিজিক্স, কেমিষ্ট্রি, ফিজিওলোজি, মেডিসিন, লিটরেচর, পীচ অমদি ইকোনোমিক্সকী হীরমশিংদা চহি খুদিংগী মনা পীহৌরি। ইং ১৯০১দগী হৌনা রেদ ক্রোস লিংখৎপা মীশক্তা নোবেল প্রাইজ পীরক্লি। ঙসিদি নোবেল প্রাইজবু খ্বাইদগী হেন্না মমল লৈবা অমদি ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইবা মনা ওইনা খ্বায়দগী মায় পাক্লবা লময়ানবশিংদা চহিগী ওইনা লাম্থোক্লিবা খুদোল ওইররি।

মালেমগী অয়াঙবা ঈচেলদা নোবেল পাইজনা শরুক নিংথিনা য়ারি। অনৌবা মায়কৈদা য়াওন পুদুনা চেনশিল্লক্লিবা অমদি লম্বীদা লময়াল্লিবা লুচিংবশিংদা লৈতেংলিবা মনা অসিগী থুপ্লবা মপাউনা তুহৎপীরবশিংবু তেকখৎহল্লি, লম্ফাংনরবদা লম্বী পী। ওইথোক্লমদবশিংবু ওইথোকহনবদা নোবেলগী মশেক মঙান্না মরৈ মুসহল্লি, মমুন ফাহল্লি। খা আফ্রিকাগী ঈ কুচু তিন্নদবা ফুরুপশিংবু নাইতোম তাহনবা লৈঙাক্লোনগী মায়োক্তা নেলসন মন্দেলানা লেপখিবা ফিরেপ্পু মালেমনা শীঙথাখি। অর্পাথেদকী কৈশুমশঙদা লেল্লিঙৈদা নেলসনবু নোবেল পীছ প্রাইজ পীখি। মসিমক্লা মালেমগী ঈহৌ শাগৎপদা ঈনোৎ ওইখি, ঈহৌগী শাফু কলহনখি, অমসুং মায় পাকচখি।

ঐখোয়গা য়ুম্লোন্নরিবা বর্ম্মাগী মিলিত্রি জুনতানা চহি মাপল চুপ্লা নৈহৎপীরবী গনতন্ত্রগী নাহেখোলদু ঙসিমক ঐখোয়না তারি। চহি ৩৬কী মমাংদা মীয়াম্না লিংবা সরকার অদু জেনরেল নে ৱিন না মিলিত্রি কু তৌখিবদগী ঙসি ফাওবা লৈবাক মীয়ামদা শিন্নবিদ্রি। মতম অমগী বর্ম্মা জাতিগী লুচিংলম্বা জেন: অউং সান্না পোকচবী অউং সান সুউ ক্যি না গনতন্ত্রগী মুৎথ্রবা মৈরা চুখৎনবা হোৎনরি। নুপীশিংগী থৌনাপোকপা য়াকাইরোল শক্তুনা লৈবাক্কীদমক কখোল্লবা ইমা '*থাকিন মা*'গা খুৎশম্মনা গনতন্ত্রগী লানহৌরি। মীওইবগী হকপু তুহৎলিবা মিলিত্রি জুনতাগী মায়োক্তা হনবা লৈতনা চঙশিল্লিবা ঈহৌ অসিগী লুচিংবীবু নোবেল প্রাইজ পীখি, লুচিংবী অসিগীথৌনা হাপখি। মালেমগী মীৎয়েং চিংশিন্দুনা চংশিল্লীবা ঈহৌ অসি মায় পাকপগী ৱাহম্থোক পীরকপা হৌরক্লি।

নোবেলগী পাউজেলনা য়ৌনিংবা মফম য়ৌবদা থিংবিনবা লৈতে। মীয়ামগী মরমগীদমক মায় পাক্লা লময়ানবশিংদা নোবেলনা কাইদোংঙি, মতমদুদা, মহাক মালেমগী মরল ওইরে। মদুগী কল্লবা শাফুনা গুন্টারগী মরু কোকফম ওইরম্বা ঈতুংলম্বা ঈপাক ফাওবা মালেমগী য়াঙনা চেন্থরক্লিবা ঈচেলনা ইথক ইনোৎ কাহল্লি, ঈচেলদুমক্তদা ইতিলহল্লি। ঙসিমক গুন্টারগী কপনফম ওইরিবা অৱাং নোংপোক লমদমসিদা নোবেলগী মচাক মরাঙ কায়না লৈরি, নোংমদি মাগী মফম কল্লখিগনি, নোবেল থোরকখিগনি। মীওইবগী হক তুহৎলিবা, কাঙলুপ মশেল হাত্তোক্লহল্লিবা মপীনা মচাবু য়োৎলিবা লমদমসিগী পাউজেল নোবেলনা পুনিংলমগনি। ভারত লৈঙাক্লোনগী তমথিরবা অমুবা আইন্না অৱাং নোংপোক্কী মী অশেঙবশিংবু ফারি, হাৎলি, মাঙহল্লি, নুপীবু খোঙ্গেইনরি। য়েংহে তাহৈদ্রবা মীওই মীনৈ অসিমক য়ুনিবশল ড্রিক্লারেসন অব হ্যুমেন রাইটসকী মমাঙমক্তদা থোক্লিবনি। হ্যুমেন রাইটস লো অমদি ইন্টরনেসনেল হ্যুমেনিটরিয়ান লোগী মলিল ফুদোকহন্দনা থমলকখিবদি ইথিলগী শাফু শোনবা মরমদগীনি।

ঙসিদি, নোংয়াই চবুক লোনখ্রবা মতুংদগী অমম অঙান শিন্নদ্রিঙৈ চৈরকসিদা য়েলহৌঙৈগী ঈচেল ঈরেলদা কুমথজরগা "ইমা পীয়ু, ইমাগী অশেঙবা মশক উহনবিয়ু" হায়না খোন্থাং য়ৈনা লাওরক্লিবা, তোংথা নাওইনা কপ্পরিবা মতমগী ভীষ্ম কয়া কয়া, অৱাং নোংপোক্কী মরাইবক থিরবা ওলিবর ট্রিচ কয়া কয়াগী পুন্সিবু খাংঙুথক্তা কেমহল্লিবা, নৈহৎ-নোইথৎপিরিবা শক্লোন অসি পাউপুবী নোবেলনা অমুক্তংদি মমিৎ থিৎনা য়েংলসনু, মালেমগী মচি মতায় থুংনা পাউদম্নবা। ❑

# পূক্লিং ফাথনা ৱারেপ লৌসি

*থোক্লিবা থৌদোক্তা তাইনগুমসি, ৱাখল্লোন্দা তাইনসি*

আইদেন্টিটি পোলিটিক্সনা ঙসিগী মণিপুরদা মনীং তৌনা চঙশিনবগী ৱারোইনীংঙাই ওইবা য়াবা থাক অমা তম্না লাকখ্রে। হৌখিবা মীরোল ৪/৫ চুপ্পা কাঙলুপকী ঈরাঙ শাগত্তুনা মীওই কয়াগী ঈ থকখ্রবা আইদেন্টিটি পোলিটিক্সকী অকিবা ফংলবা ভুট অদু ঙসিসু মাঙদা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লি অমদি মপুঙ ফারবা পোলিটিকেল প্রোসেস অমা ওইনা চত্থরক্লি। খোঙথাংশিং অসিগী পনখৈদি লৈতবা য়াদবনা ৱারোইশিন পুবকপা য়াবা অমা নৎত্রগা অমা পুরকপগী খোঙথাং খুদিংদা মীশিং য়াম্বা কাঙলুপ অসিগী থৌদাং অসি হায়নীংঙাই লৈতনা চাওরক্লি মদুদি থোকহৈদবা থৌদোক থোকপা খুদিংমক মীশিং য়াম্বা কাঙলুপকী দায়ত্বদগী নাম্থোকপা ইয়ামক য়ারক্লে। ৱাখল্লোন অমমমনা মাঙ থারগা কাঙলুপ নাইবা ভুটকী মমিশিংনা হীংশাগী থৌওং ওইনা মতুং ইন্নদুনা চত্থরিবা খোঙথাংশিং অসি অকক্লহনবা অমদি ৱারোইশিন

**অমা পুরকপগী থবক্তা মীশিং য়াম্বা কাঙলুপ অমনা মতম অমদা থৌশা ৱাশাহৌদবদগী ঙসিদি মদুগী মপাঙ্গল চাউরক্লবা শক্তিশিং অদুনা চপ চানা শীঙনবা ঙমলক্লি, লাইবক য়েংনবা য়াবা থাক অমদা কাখত্তুনা শীঙনরক্লি।**

এনএসসিএন (আইএম) অমসুং ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টকী শান্তি ৱারীনা লুরবা তাঙ্কক অমদা লাকখিবদগী মণিপুরগী এমএলএ, মিনিষ্টরশিং অমদি এমপিশিংনা নাগা ইন্টিগ্রেসন্দা লোৎনা অমসুং ফোংনা শৌগৎনরকপগা লোয়ননা শান্তিগী ৱাবী অসি ৱারোয়শিন পুরক্লবগী অয়ৌবী থাক অমদা চঙশিল্লকখিবগী তাঞ্জা অসি মণিপুর পুৱারীগীদি য়াম্নমক লুরা তাঙ্কক অমা ওইরবনি। অসুক্কী মতীক চিরবা ফীবম অসিদা মীপুম খুদিংমক্তা মরুওইনা গবর্ণমেন্ট অমসুং সিবিল সোসাইটি ওর্গেনাইজেসনশিংনা মসিগা মরী লৈননা ফিরেপ লৌরকপা মতমদা পুক্লিংদা খোয়রাং খোয়শাউনা, খোয়খা-লিনখা থানা হেক লৌরুবা য়াদ্রি। মসিদগী লাকপা মহয়না অমুক হন্না মেনখৎপা ঙম্লরোয়দবা পুৱারীগী তাঙ্কক অমা তন্না চৎখিদৌরিবনি। কয়াদা লুশিল্লরুবা তানফমনো !

ঙসিমক জুন ১৮ বু গবর্ণমেন্টনা ষ্টেট হোলিডে ওইরগনি হায়না লাউথোক্লুবদগী নাগা লূপশিংনা ইকনোমিক ব্লোকেড চথরি। এনএসসিএন (আইএম) গী ৱাখল্লোন থাজদুনা নাগা পোলিটিক্স চথরিবা মীওইশিং অমসুং লূপশিংগী মফমদদি অচৌবা খুদি থীফম ওই হায়বা অসিমদি শোয়দ্রবা ৱাফম্নি। মরম অসিনা লোৎনা অমসুং ফোঙনা আইএমগী খোঞ্জেল থোক্লিবা নাগা লুপশিংনা অরোয়বা খুরুপ থাদুনা গবর্ণমেন্টকী ফিরেপ অসিগী মায়োক্তা লেপ্লিবনি। মসিনা তাকপদি মসি ৱাখল্লোন অনিগী মুকখায়নবগী শক্লোন্নি। থৌওং-থৌদৌশিং অসিদগী ৱাখল্লোন্না হেন্না লুই অমসুং মরুওই হায়বসিনি। পেন্দবদগী ইমোসনদা কনাগুম্বনা ৱারেপ লৌদুনা কাউন্টর তৌরুবা য়াই অমসুং মদুদি ঙাপ্রুম মমৈদা খুজিন্না শীকপনি, খোই মহুমদা চৈনা থিনবনি। থৌওং অসিনা অমুক হন্না চুমথোকপা ঙমদ্রবা অশোয়বা ওইদুনা মণিপুরি জাতি অসি লৈখা তানা মাঙনবগী মরম ওইহৌগনি।

চেকশিন্নিংঙাই ওইবদি, আইদেন্টিটি পোলিটিক্স তৌনরকপা মতমদা হেঞ্জিন্না শেমজিন-শাজিনবা প্রোপেগন্দা তৌনরকপা থেংনরি। অসিনা মিস অর্ন্দষ্টেন্দিং থোকহন্দুনা অনীগী মুক্লবা হেনগৎহন্নবা মরম ওইরকপা অসিনি। কম্যুনেল ওইবা প্রোপেগন্দা তৌনবা অমদি ইমোসন্দা ফিরেপ লৌদুনা ঙাঙনা শক্লরকপা অসিনা টেন্সন ৱাংখৎহন্নিংঙাই ওইহল্লি। অসুম্না তম্পাক্কী মীওই খরনা পেন্দবদগী কাউন্টর ব্লোকেড তৌগনি হায়রকপা অদুমক তৌরম্বা তারবদি কয়াদা লাইবক থীবা থাক অমদা ঐখোয়না লৈখা তাদুনা লৈগদবনো ! অমরোমদসু, নাগাগী মহৈরোয় লূপ অমনা মেডিয়াদা হায়খিবদা, মীতৈশিংনা ট্রাইবেল মীয়াম্বু য়োৎশীন্নবা (এসিমিলেসন) হোৎনরে হায়বগী

ৱাফম ফোঙদোকখি। মসি য়ুম্ফম য়াউদবা অরানবা ৱাফম্নি। কৈদৌনুংদা মীতৈশিংনা অতোপ্পা ফুরুপশিংবু য়োৎশিন্নবা নমহাদুনা মীতৈ ওলহন্নবা হোৎনবা লৈরক্লি হায়বসি চহী লিশিং কয়া মনিংতম্বা লৈবাক ওইনা লৈরকখিবগী শাংলবা পুৱারীনা তাক্লি। করিগুম্বা মীতৈশিংনা এসিমিলেসন প্রোসেস চত্থরম্লবদি তম্পাক্তা য়ুমলোন্নবা শাংলবা চহী কয়া হিংমিন্নরক্লিবা কবুইশিং, মীতৈ পাঙলশিং অমত্তসু খাকলপ্লোই। খেৎনবগী মচু অসিবু ইকায় খুম্নবা লাকপা কংলৈ সিবিলাইজেসনগী মচল অমা ওইরিবা মীতৈশিংনা মসিদি তৌরকখিদবনি। চুরাচান্দ মহারাজগী স্নাহাক্তক্তা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা মীতৈ ওনজরগে হায়না লাকখিবা মতমদা মদু মহারাজনা য়াখিদে, তাংখুল ফুরুপকী লেমজনীংঙাই ওইরবা শক্তম ঙাক্লা হিংগদবনি হায়না নুংশিনা পাউমেন্নরগা চৎহনখিবগী ফোঙ-ফোঙ শারবা ৱারীশীঙবুল লৈরি।

হৌখিবা কংলৈ পুৱারীগী শাংলবা শিয়োমনুংদা মরিং/তাঙ্খুল/কবুইনচিংবনা মীতৈ ওনখিবা থৌদোক কয়া থোকখিদবা নত্তে। মীতৈনা তাঙ্খুল/কবুই ওনখিবা য়াউখিদবা নত্তে। মদুদি মশা মশানা পাম্না ওঙ্খিবনি, এসিমিলেসন নত্তে। মসিগী মথক্তা, ১৮ শুবা চহী চাদা চঙলকখিবা হিন্দু লাইনীং লৌরুরবা মীতৈ খুন্নাইগী অমাং অশেঙ খায়বগী চগন্নরবা চাউচৎনা চীংমীনচিংবা অতোপ্পা ফুরুপ অমত্তা মীতৈ ঈমুংদি লায়রদুনা মাঙ্গোল কাহনখিদবগী থৌওংশিংনা চীংমী তম্মী অনিগী থমোয়গী মরক্তা ৱাংলবা ফক্লাঙ খাগৎনদুনা লাকখিবা অদু ঙসিগী মীরোলগী মীৎনা শং-শঙনা উরি।

চেকশিনগদবদি, কলচর পুদুনা লাকপা খৃষ্টানিতি মখল অমগী তাইবঙদা পুমলুপ-লুপখ্রবা ঐখোয়গী চীংমী-তম্মী ইপাচা-ইচিন্নাওশিংনা মশাগী আইদেন্টি কাউবা ঙম্মা পুন্না হিংমিন্নবা হৈবগী ৱাখলদগী লোয়রোইননা লাপথোকখিবা অসিনি। অসিগুম্বা ওরিজিনেল ওইবা অশেংবা শক্তমদগী শমজি খাইনখ্রবা আইদেন্টিটি মাঙশিল্লকপগী অহাঙবা অদু মেনশিনবগী মহুত্তা এন্টি-ভেল্লি প্রোপেগণ্ডা তৌদুনা অনৌবা পেরিফরেল আইডেন্টিটি পোলিটিক্স তৌদুনা অরানববু চুমহনবা, অচুম্ববু লানহন্নবা হোৎনরক্লবদি পূম্নমক্কী লাইবক থীবা ওইগনি। অসিগুম্বা গ্রাউন্দ রিয়েলিটিদগী থৈদোক্লগা ইমোসন্দা লেপ্পুনা প্রোপেগন্দা তৌবনা পূম্নমক্কী অমাঙবা ওই হায়বসি হন্না নীংশিংমিন্নগদবনি। ঙসিগী মাঙদা তারিবসি অরেপ্পা অমত্তা নত্তে, ৱাখল্লোনগী অনীগী মুক্লবগী মতম মতমগী ওইবা শক্লোন্নি। তাইনগদবদি থৌদোক্কু নত্তে, নুংগী ঈচেলদুনি। মতীক লৈবদুনা মপু ওইজখিসনু, থৌদোক্তা তাইনগুমসি। তৌবদবু অরানবা পুৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা অমসুং মরী মখোঙ শম্নদবা প্রোপেগন্দা তৌবা ৱাখল্লোন অসি ওবজেক্টিব নত্তে, তুং কোইগদবা নত্তে হায়বসি কাউথোকপা তৌদনা ইমোসন্দা পঙঙাঙ-ঙাঙবা নৎত্রগা ৱারেপ লৌবসি তৌনরোইদবনি। ❑

# জম্মু কাশ্মীর সংবিধানগী
# থাক অমসুং ওটোনোমি

মতম অমগী বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা **ইণ্ডিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট** শেমগ্গৎবা মতুংদা নিংথৌ পানবা লৈপাকশিং ভারততা পুনশিন্নবা ইন্সট্রুমেন্ট ওফ একসেসনগী নিয়ম শেমদুনা মদুদা সহি তৌহনখি। সহি তৌখ্রবা ষ্টেটশিংগী দিফেন্স, ফোরেন এফিয়ার্স, করেন্সি অমসুং কম্যুনিকেসনগী থৌদাংশিং অসি রিপব্লিক ওইরক্কিবা ইণ্ডিয়াদা শিন্নে। মতমদুদা ষ্টেটশিং অসি মপুং ফানা মর্জ তৌদ্রি। অদুম্মা অতৈ ষ্টেটশিংনা মখা তানা ভারত্তা তিনখ্রবা মতমদা জম্মু কাশ্মীরদি য়াওদ্রি। পাকিস্টান্না লান্দারকপা মতমদা সৈখ অব্দুল্লাহগী পাউতাক মতুংইন্না ১৯৪৭ওক্টোবল ২৬দা মহারাজ হরি সিংহনা ইন্সট্রুমেন্ট ওফ একসেসন সহি তৌখি। অতৈ ষ্টেট ময়াম্না ফংলিবা থাক অদুদা সহি তৌদুনা পার্ট বি ষ্টেট লিষ্টতা য়াওখি। অদুবু গবর্নর জেনেরেলনা হান্না ৱাশকখিবা অদু থুংহন্নবগীদমক ষ্টেটকী মীহুৎ খল্লগা কনষ্টিটুয়েন্ট এসেম্বলী লিংদুনা ষ্টেট কন্সটিট্যুসন শেমখি। হায়র্বদি, ইং ১৯৪৮ মার্চ ৫দা প্রাইম মিনিষ্টরনা লুচিংবা মন্ত্রি মন্দল শেমলে অমসুং মদুনা এডল্ট ফ্রেনচাইজদা য়ুম্ফম ওইরগা নেসনেল এসেম্বলী লিংদুনা ষ্টেটকী কন্সটিট্যুসন শেম্নগনি হায়না লাউথোকখি। মতাং অসিদা জে.নেহরুনা চাউনা লানখিবা অদুগী ৱারীনরি। পাকিস্টান্না লান্দারকপা মতমদা য়ু এন দা ৱাকত্তুনা লৈখি। একসেসনগী য়ানবা মতুং ইন্না ষ্টেট অদুগী অপুনবা শক্তম ঙাকফম থোকই। মদুগী মহুত্তা পাকিস্টান লান্মীশিংবু পাকিস্টাননা খুদুম চল্লবা কাশ্মীরগী লমদগী ইণ্ডিয়ান মিলিতরিনা তকথোকপগী তাঞ্জা লৈরম্ব্রদু য়ু এন্না লাল লেপহন্দুনা খামদোকখি। অদুগা প্লেবিসিট তৌবগী অযাবা পীগনি হায়না ৱাশক্লুবা অসি অরানবনি হায়না হৌজিক ফাওবা চৈনরি। ভুট্টো অমসুং লাল বহাদুর শাস্ত্রিগী ১৯৭১ শিমলা চুক্তি অদুসু অরানবা থৌশিলগী মনুং চল্লি হায়না চৈনরি।

অহল ওইরবা মহারাজ হরি সিংহগী হকচাং শোঞ্জিল্লকপদগী ১৯৪৯ জুন ২০দা মচাইবুংঙো যুবরাজ কারন সিংহদা লৈঙাক ৱায়েল থৌ পুম্নমক অখাকপা লৈতনা শিন্নখি। পুৱারীগী তাঙ্কক অমা লাকখিবদি, যুবরাজ কারন সিংহনা ১৯৪৯ নবেম্বর ২৫দা জম্মু কাশ্মীরী ষ্টেটকী চন্নফম লৈরিবখৈ অমদি ইণ্ডিয়ান য়ুনিয়ন অমসুং ষ্টেটকী মরীদা তেক্ত-কায়দনা ঙাক শেন্নবগীদমক ষ্টেট কনষ্টিটুয়েন্ট এসেম্বলীদা ভারত সংবিধানবু য়ানিংবা লৈদুনা চৎনরগনি অমসুং ষ্টেট অদুদা হান্না চৎনরম্বা মতমগা চুনদ্রবা সংবিধানগী প্রোবিজন পুম্নমক্কী মহুৎ শীন্দুনা ভারত সংবিধান শীজিন্নরে হায়না লাওথোকখি। মদুনা ১৯৫৪ ফ্রেবুৱারী ১৫দা কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্বলীনা পাঙথোকখিবা মীটিন অমদা আর্টিকল ৩৭০ চৎনবা য়ারে হায়না ৱারেপ লৌখি অমসুং মসিবু মখা তানা চৎননবা ভারত সরকারদা রিকমেন্দ তৌখি। স্বাইদা য়েৎনবা অমা লৈ মদুদি ১৯৬৫কী মতুংদদি কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্বলীনা আর্টিকল ৩৭০ অসি রিকমেন্দ তৌরকখিদবা মরম্না ***সদর-ই-রিয়াসদ*** ওইহৌরবা গবর্নর

অমসুং প্রসিডেন্টনা শক্তি অপুন্বা শীন্নরে হায়না লৌই হায়বসিনি। ১৯৬৫কী ৬শুবা এমেন্দমেন্টনা ***সদর-ই-রিয়াসদ*** অদু গবনরনা ওইরে অমসুং ভারতকী প্রসিডেন্টনা অসুম্বা শকখঙই হায়না ময়েক শেংহল্লি। তশেংনা হায়রবদি গবর্নর হাপ্পা ঙম্বা প্রসিডেন্টনা ***সদর-ই-রিয়াষদ*** ওইফম থোকই হায়বসিনি। মরম অসিনা মহারাজ হরি সিংহনা ১৯৪৯ জুন ২০দা লৈঙাক ব্রায়েলগী থৌদাং পুন্বা মচা ইবুংঙোদা শিন্নরবা মতুংদা জম্মু কাশ্মীরগী সংবিধান শেমদোক্কুনা গবর্নরদা শক্তি শীন্নখিবা মরম্না অতৈ ষ্টেটশিংনা ফংলিবা সংবিধানগী থাক অদুমক জম্মু কাশ্মীরনা চপ মান্ননা ফংলে হায়বসিনি।

অখণ্ড অহৈশিংনা নাকপাক তানা য়েৎনবা হীরমশিংগী মনুংদা আর্টিকল ৩৭০ অসিসু অমনি। আর্টিকল অসি মুখৎলবদি ভারতকী মীয়ামগা কাশ্মীরগী মীয়ামগা পুন্না লৈমিন্নবা ঙমগনি হায়নরি। অদুগা অমরোমদা ভারতকী লৈঙাক্লোন্না জম্মু কাশ্মীর য়ৌবা ফাও শক্তি শন্দোক্লিবা অমসুং লৈবাক্কী লমখৈ ঙাকমিন্নবা ঙল্লিবা অসিগী য়ুম্ফমসি আর্টিকল ৩৭০নি হায়না শৌগৎপা মীওইশিং অদুমক লৈ। স্পেসিয়েল প্রেবিজন অসিবু মুখৎপা তারবদি মতম অমদা পাকিষ্টান্না লান্দারকপা মতমদা সৈখ অব্দুলাগী পাউতাক মতুংইন্না মহারাজ হরি সিংহনা ১৯৪৭ ওক্টোবর ২৬তা ইন্সক্রমেন্ট ওফ একসেসন সহি তৌখিবা মতম অদুগী ফীভমদা হঞ্জিল্লগনি, অমদুং মদুদা হঞ্জিনবা হায়বদি কাশ্মীরগী তোখায় তাবা পান্বশিংগী মতোল ওইখিনি, অদুগা মালেমগী ব্রাথোক ওন্থোকনিংবশিংগী খুদোলগুম্না থোকখিনি হায়বসিনি।

আর্টিকল ৩৭০না জম্মু কাশ্মীরবু ভারতকী শেংনা খাইনবা য়াদ্রবা শরুক অমনি হায়না লাউথোক্লবগী মরম অমা ওইহল্লি, অদুগা জম্মু কাশ্মীরগী মীয়াম্বু মখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না ভারতকা পুন্না লৈমিন্নগেরা নৎত্রগা প্লেবিসিট তৌগেরা হায়বগী শক্তি পীরি। গোপালস্বামী আয়েঙ্গরগী মতুংইন্না, আর্টিকল ৩৭০না জম্মু কাশ্মীরবু ভারতকী শরুক অমা ওইহল্লি, ওইহন্দুনা লৈখিনি অমসুং তুংদা লাকখিগদবা ফেদরেল রিপব্লিক ওফ ইণ্ডিয়াগী অহানবা য়ুনিট অমা ওইগনি অমসুং ইনষ্ট্রুমেন্ট ওফ একসেসনদা ময়েক শেংনা পল্লিবা ব্রাফমগী মরীদা নত্রগা, ষ্টেটকা য়ানবা ব্রাফমদা য়ুনিয়ন লেজিসলেচরনা আইন শেম্বগী শক্তি পীজিন্নবা ঙম্মী অসিনি। বি এন অহুজানা মরৌ লৈনা হায় : "***আর্টিকল ৩৭০গী প্রোবিজন্দা য়ুম্ফম ওইরিবা ভারত সংবিধানগী পোলিসিদি ভারত পুন্বা শীন্থুংনা চৎনবা ঙম্নবা কন্সটিট্যুসন শেম্বনি। সংবিধানগী প্রোবিজনশিং অসি প্রসিডেন্টনা চৎনরগনি হায়বা ওর্ডর থোক্লিমখৈ জম্মু কাশ্মীরদা চৎনবা য়ারোই। প্রসিডেন্টনা মন্ত্রি মন্দলগী পাউতাক লৌরগা অপাম্বা মতম অমদা ভারত সংবিধানগী মচেৎ অমা নত্রগা মপুম অমা জম্মু কাশ্মীরদা চৎনহনবা ঙম্মি। মরম অদুনা প্রসিডেন্টনা কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীগী ব্রা তারগা নোটিশ থোক্কুনা আর্টিকল ৩৭০গী প্রোবিজন অসি চৎনররোই হায়না লাউথোকপা ঙম্মি***"।

হান্না সংবিধান শেমখিবা কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেমব্লী অসি এডল্ট ফ্রেনচাইজকী য়ুম্ফমদা লিংখিবনি। মদুগী ফল ওইনা, এসেমব্লী খুদিংমক হায়রিবা ফ্রেনচাইজ অসিদা য়ুম্ফম

ওইরকপা ঙাক্তনি।অদুনা ঙসিগী লেজিসলেটিব এসেমব্লীশিং অসি মখোয়দগী ওল্লকপা শাইওন্নি। মরম অদুনা জম্মু কাশ্মীরগী লেজিসলেটিব এসেমব্লীগা অতৈ লৈরিবা ভারতকী ষ্টেটশিংগী লে:এসেমব্লীগা থাক চপ মান্নে, খেন্নবা লৈতে। আর্টিকল ৩৫৬কী মতুং ইন্না মন্ত্রি মন্দল নত্রগা গবর্নরনা রিকমেন্দ তৌরবদি ভারতকী প্রসিডেন্টনা নোটিশ থোক্কুনা লাওথোক্লবা মতুংদা হান্নগী অরিবা নিয়মশিং অদুগী মহুত্তা অনৌবা নিয়মশিং চৎনবা য়াই। অদুনা আর্টিকল ৩৭০গী ক্লোজ(৩) গী মখাদা কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেমব্লী নত্রগা লেজিসলেটিব এসেমব্লীনা হায়রিবা সুপরসেসন অসি চত্থদুনা মর্জ তৌখ্রে। অদুনা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংগা জম্মু কাশ্মীরগী সংবিধানগী থাক্কা কদায়দা খেন্নরিবগে হায়না লাউনরকখিবা কুইরবনি; শক্তি তাশিনবা পামবদগীসু শক্তি খাইদোকপা পাম্বদগীসু। চয়েৎ-চনৈনবা ৱাহংথোক মরক্তা ষ্টেট মীয়ামগী নুংনাঙবা, খোইরাং খোইশাওনবা পোক্লরকপগী মওং অমা লাক্লিবসি ঙক্কা থোক্লিংঙাই ওইদে।

ষ্টেট মীয়াম্না পুক্লিং নুংশিরিবদি, বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা ইণ্ডিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট শেমদ্রিঙৈ মমাংদা ষ্টেট অসি বৃটিশকী মখাদা লৈরবসু অৱাংবা থাক অমদা থম্লম্মি। ষ্টেটকী লম পুম্বা মহারাজদা পীশিন্দুনা মহাক্কী মমীংদা মহাক্কা লৈঙাক ৱায়েল্লম্মি। মপুং ফানা মনীং তম্বা ষ্টেট অমগুম ওইরম্মি। ষ্টেটকা মরী লৈননা আইন শেম্বগী, লৈঙাক ৱায়েল থৌদাবগী শক্তিশিং অমসুং তাঙ্কক কয়াদা পানখিবা ষ্টেটকী সরকার পুম্নমক মহারাজগী মখাদা লৈরম্মি। বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা সেক্সন ৭কী মতুং ইন্না ইণ্ডিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট ১৯৪৭ শেমখিবদগী, বৃটিশকী লৈঙাক মখাদা লৈরম্নদগী তোকখি, অমসুং জম্মু কাশ্মীরনা মালেমদা চৎনরিবা আইনগী মীৎয়েংদা হীরম খুদিংদা মপুং ফানা মনিং তম্বা ষ্টেট ওইখি। অদুবু ভারতকী ফিবালদা তাঙ্কক তাঙ্কক নাইনা পুশিনখ্রবা মতুংদা ষ্টেটকী থাক ইচম চম্খিবা অসিনা ষ্টেট মীয়াম্বু নুংনাংহল্লকপগী মরমনি।

হৌখিবা ইং ২০০০, জুন২৬তা জম্মু কাশ্মীর এসেমব্লীনা ওটোনোমীগী ৱারেপ লৌখিবা অদু ষ্টেট মীয়াম পেলহন্নবা রাজনিতিগী লালহৌ অমনি। মদুমক্কা ভারত পুম্বগী মীৎয়েং চিংশিনখিবনি। কেন্দ্রগী এন ডি এ সরকার পায়মিন্নরিবা নেসনেল কনফরেন্সনা য়াম্না চেকশিন্না পুখৎলকপা দাবী অসিদা মায়কৈ খুদিংদগী রিয়েক্ট তৌনরকই। ষ্টেট রিজোলুসন অসিবু য়ুনিয়ন কেবিনেটনা রিজেক্ট তৌখিবদু ঙক্কা থোক্তে। সংঘ পরিবারগী খুৎপুশিংনা মকন্থি-মশিজ্ঞা ফুদোক্কুনা য়েৎলিবসি ঙক্কা থোক্তে। রিজনেল পোলিটিকেল পার্টিগী লুচিংবশিংনা শৌগৎলকপসু ঙক্কা থোক্তে। মীওইবগী হক্কীদমক, মীওইবা খুনাইগী য়াইফনবা হোৎনরিবা কাঙলুপ্তুগী শৌগৎলকপসু থোইনা ঙক্কা থোক্তে। তৌইগুম্বসুং, হিন্দুস্থানগীঅখণ্ড অহৈশিংগী মরক্তা অমসুং নেসনেল পার্টিশিংগী মনুংদা রিজোলুসন অসিবু শৌগৎপা য়াওরক্লবদি ঙক্কা থোক্কনি; মরমদি ভারতনা মতম কুইনা মীনাই নাইথাং ওইনা লেল্লকখিবা পুন্সিরোল অদুনা চুপশিনখিবা চিহৈ নাইবা লৈঙাক

ৱায়েল্লোন ঙসিসু মপোপ কায়দনা লৈরি। ঙসি নাকপাক তানা য়েৎনরিবশিংগী মনুংদা খরনা অচুম্বা মশক খঙলবসু অতৈ ষ্টেট কয়াদগী অসিগুম্বা দাবী লাক্কনি কীবদগী চিনখুম মান্নসি হায়বগী ফীভমদা লৈ। খরদি লেফটিষ্ট ওই হায়না খল্লগা ৱারেপ্তু মপুং ওইনমক নত্রবসু খরদি শৌগৎফম থোকই গকা হায়বা মীওইশিং অমদি নেসনেল পার্টিশিং ঙসিমক ঐখোয়না উরি। অৱাং নোংপোক্কী সমস্যাদগী কাশ্মীরনা হেন্না লুব্রা হায়না হংবা হিন্দুষ্টানগী অখণ্ড অহৈশিং চোংথোরক্লি। অৱাং নোংপোকনা দাবী তৌরক্লোই হায়রবদি জম্মু কাশ্মীরদা ওটোনোমি পীরগে হায়বগা চপ মান্নবা ৱাহন্থোক পুবা ৱাঙাংশিং কেন্দ্রগী চাউর-চাউরবা লুচিংবশিংনা ঙাঙবা শকপা তারি।

পুম্নমকসি শুপচিল্লগা ভারত সরকারনা জম্মু অমসুং কাশ্মীরদা অহেনবা ওটোনোমী পীদবা চুম্বা হায়বসিনি। মীয়ামগী অপাম্বগা লোয়ননা, ফরুখ অব্দুল্লা সরকারনা চেকশিন্না খোঙ থাং জিল্লকখিবা অসিবু মতম কুইনগীদমক রিজেক্ট তৌবা ঙমগদ্রা হায়বসিনি। কাশ্মীরনা মালেমগী অফোংবা ৱাথোক ওন্দ্রবসু নুংদা পোকখায়নিং তৌনা অয়ৌবা চাংদা ওমচাক্কবক্লিবা ৱাথোক অসিবু মালেমগী শক্তিশিংনা হেন্না হেন্না নকশিল্লক্লিবা, কুটনিতিগী লাওরবা খয়াৎ, শাংলবা মরৈ তিংথোবক্লিবা পুম্নমক অসি ঙসিগী ভারতনা মায়োক্কবা য়াম্না লুরক্কনি। ❑

# জাতিগী ঈচেলদা ঈথক অমা

মতমগী ঈচেলসি য়াঙঙি। য়াঙবগী চাংদি অহোংবশিংসিনা লেপ্পা তাই। হংবা য়াবা ৱাহংদি, ঈচেলসিদা ঐখোয় য়াওরিব্রা ? মদুগী পাউখুমসু অওনবসিনি। লাইনিং লাইশোলগী অমসুং রাজনীতিগী ময়োল চীকপা তীল তাখিবনা অনি, অহুম থোকপী লায়নানা নাপ্তবসু পুৱারীগা শাগোন্নবা থৌদোক থৌরমশিংদি মালেমগী অওনবা লমজেল য়াওন্দা য়াওবা ফংজৈ হায়বা তাই। থোইদোক্লা লৈবাক্কীদমক কখোকখিবশিংগী পীফম থোকপা তৌবিমলদি ঙসিগী অনৌবা মীরোলনা চপ চানা পীবা হৌরে। লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা পামজরম্বা খুনাম খোঙ্গুল লীবা হৌরে। মদুগী খুদম হায়ববু অথৌবশিংগী নুমিৎ আগষ্ট ১৩থৌরম অসি চহী খুদিংগী লৈবাক শীনবা থুংনা পুমনিল নিল্লি। লৈকায় খুলগী লুপশিং জাতিগী থাক্তা লৈবা লুপশিং, পোলিটিকেল পার্টিশিংনা ময়েক শেংনা শেংনা পাঙথোক্লরি, মপান্থোংগী নত্তবা নুংগী মহাও ফংনবা, করিগীদমক কমদৌনা করম্বা মওংদা অথৌবশিংনা কখোকখিবনো হায়বগী এডুকেসন অমা লাইফমসিনা পীরকখি।

পুন্নমকসি উক্নরগা জাতি অসি মাঙদা চৎখৎলব্রা হায়দবা ঙমদে। অদুগা জাতিগী ঈচেলদা ঈথক ঈপোক হৌরিবা কয়া অসিখক্তা নত্তবা, ঈরেল ঈরোননুংদা ঈপোম হৌরক্লিবা ঈথিল কয়াগী মোং হাদবা অদুসু পুৱারীনা নাথেবা ঙল্লোই। মাগী থেক খোয়বা ঈচেলদা পুল্লপ উননমিন্নবগী তাঞ্জা অমা ফংহনবসি অতাঙবা হী য়াই গুম্বনি। লুপ হায়রগা লানহৌ লুপফাও চিংখদনা হুরান চিঙ্খিবশিং মবুক চুমদ্রবা লৈঙাকপা ফম্নাইবশিং পুন্নমক নুমিৎসিদা উন্নহল্লি। পুক্লিং মকা লাম্না নুমিৎসিদা চৎনরি। লৈবাক্কী পুক্লিং ঈহুল খঙনা চৎহনবগী ঈথিল অসিনা খুৎলাই থাদোকপা নুমিৎ সিজ ফয়ারগুম্না ওইহল্লি।

থৌরম অসি পাঙথোক্লখিবগী মনুংদা খরদি ওম্থোক্লা পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইখি। টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলবু মখুৎ তুংবুন্নরগা বৃটিশ লাম্মীশিংনা গার্ড তৌরগা শিংজমৈদগী ককৱা ফাওবা খোংনা লাকখিবদু থোঙ্গাল খুদিংগী তিল্লিবা মীয়ামদা থুক লাওহনখি। অনৌবা মীরোলগী থম্মোয় লায়ুমদা অচেৎপা মচুনা শঙখি। মদুনা মরেবাক নীঙজবগী য়ুম্ফম ওইবা নত্তনা লেম্নদি মাঙলরোই। অসুম্না মীয়ামদা এডুকেসন পীবগী থৌদাং অমদি ৱাইখোম লৈকাইগী লুপ অমনসু পাঙথোকখি। লৈবাক্কী মচি মচিদা ৱাহন্থোক লৈবা থৌরম পাঙথোকপদা নত্তনা মণিপুর ৱাংমগী য়ুমলোন্নবা ষ্টেটশিংদা পাঙথোকই তাবদা খুনাই অসিনা চাওথোকচৈ। ষ্টেটকী থৌরম ওইনা পাওথোকপদা নত্তনা, পোলিটিকেল পার্টিশিংনসু নীংথিনা শীন লাংদুনা পাঙথোক্লখি।

অইববু য়াম্না ৱাখল খলহনখিবদি থাঙ্গাল শুরুংগী খুল্লাকপা কাদৈ কৈমৈ অবুং (৭০)না ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা নুমিৎসিগী থৌরমদা থাঙ্গাল শুরুংদগী থাঙ্গাল জেনরেল হৌখিবনি হায়বগী চিংথহৌরবা পুৱারী লীখিবা অমসুং থাঙ্গাল লৈশাবীশিংনা মখোয়গী মরোলদা থৌরমগী শৈহৌ ঈশৈ পুক্লিং হুনা শক্নম্বদুনি :-

*"থাঙ্গাল চীংদোল অতোঙবা*
*লৈবাক লৈহাও চেনবা লম*
*সিদা নুংশিবা অঙাং*
*নুংশিজৈ পোকপগী*
*নৌনা অঙকপদু নঙতরা?*
*লুংথৌবু ইমা অংখলানা*
*অফবা মঙ তম্লম্বগীদা*
*চৎলগেরা অফবা মিংচৎকিদমক*
*অচৌবা তম্পাকলম?*

*মীৎ-না শিংথোইনা খঙবা*
*মৈতৈ নিংথৌ চিনয়াংবা*
*হায়নু হায়নি অহৈ অশিং*
*লৌশিং লৈবা চা কয়া লৈ*
*ইচা তোম্পোক নুংশিবা মাদনি!*
*গম্ভীর মৈতৈ তমনিংথৌ*
*নরৌ লৌশিং অহৈবা*
*থেমদোক থেমজিন তৌরনু*
*লৈহাও চেনবা লমগী*
*ইচা 'লুংথৌবু'গী ইজ্জৎ ওইবরা?"*

ঈশৈ অসি মীতৈ নিংথৌ গম্ভীসিংহনা চীংমী পাখঙ 'লুংথৌবু' বু তম্পাকলমদা থেমদুনা পুখ্রবদা কায়না মৈশা নংলবী মমা চরায় অঙখলানা চীঙমায় খোন্না খোম্থাং য়ৈনা শকহৌবা ময়েক অদুমক্লি। থাঙ্গাল মীয়াম্না ঙসিফাও ঈশৈ অসিবু শকপা

মখা শমথহৌরি। জাতিগী ঈচেলদা ইথক ঈপোক হৌরিবা চীঙজুম লায়জগী মহাওদু ঙসি নৌনা খোয়দানরকপসি মতম মতাঙ চারবনি।

অহল ইবুংঙো খুল্লাকপা অবুং (৭০)না মখা শমথরকই। নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা পাল্লিঙৈগী ৱানি। নোংমা ইনিংথৌ মশামক কৌব্রু য়াইশা (শমু) ফাবা স্না খোংলেংঙকখি। সাইখুল হায়না খঙনরিবা 'সাইকুক'(থাঙ্গাল লোন্দা শামু কুনফম) মকেং লম অসিদা লৌ পরী ৩/৪গী অকোইবদা কোম লুনা তৌদুনা শামু ফানবা থৌরাং তৌরিঙৈদা, ইনখৎলকপা থাঙ্গাল পাখঙ অমগী মতিক মগুণ, মরাশি উরুবদা নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিং পুমঙক ঙকখি। মগুণ লৈবা অঙাংসি নিংথৌনা স্না কোনুংদা পুনিংলদুনা খুল্লাকপদা পাউমেনখি। খুল্লাকপগী মনাও ইবুংঙো লোইঙম্বা চরাই অঙমগা পুকমেন্নদুনা লুংথৌবু স্না কোনুংদা পুরকখি। অসুম্না পুণ্ডিত লোয়শঙদা শিন্নদুনা হিন্দু লাইনিংদা লাইমিং লৌখিবগা লোয়ননা মমিংসু হোংখি। কাংঙবম য়ুম্নাক্তা তিলহন্দুনা মৈতৈ নিংঙোল অমা লুহোংখি হায়না থাঙ্গাল মীয়াম্না ঙসিফাও ৱারিনরি। লুংথৌবুগী শলাইদি মঙাংনি। লাইনিংথৌ চরাইরোংবা হাক্তক্তগী হৌনা থাঙ্গালশিংবু বেগারি অমদি খাজনাদগী কোমথোকপিরকই।

হৌজিক্তি সাইখুল, কাংপোকপি, সাইতোন, কারোং কেন্দ্র মরিদা চাইনা খুন্দাখ্রিবা থাঙ্গালশিংসি পুন্না লিশিং মঙাগী মথক্তা লৈরে। জেমৈ ফুরুপকী মনুং চল্লি হায়না পুৱারীনা হায়রবসু, নাগা কুকি খৎনবদা মখোয় য়াওদে। ইথনিক ক্লাসকী ইথিল কয়া লাকখ্রে অদুবু চেক মোক লাওখিদে। পুন্না হিংমিন্নবা পামজবা মবম্না মণিপুর পুৱারীদা মপু ওইবগী ৱাখল অদুমক চেনবা পুকচেল শেংবা ফুরুপনি। পুকচেল ফজবগী মগুণ লেম্না মাঙফদে, মদুগী মহয়সু পুৱারীনা পীরকখিগদবা লৈফম থোকই। মখোয়না খুন্দারিবা মফমশিংদি : ***মপাও থাঙ্গাল, মকেং থাঙ্গাল, তুম্নৌ পোকপী, য়াইকোং পাও, অঙকাই, তুমুয়োন খুল্লেন, নিংথৌফম, ময়াংখাঙ, থাঙ্গাল শুরুং, অঙকায়লোংদি*** অসিনচিংবনি। ঙসিদি অয়াম্বা খৃষ্টান ওনখ্রে অদুবু য়েক শলাই মুৎত্রি, লোন মুৎত্রি, মীতৈ থাঙ্গালগী নুংগী লীপুন তৎপা লৈত্রি, অদুবু প্রাইমারি থাক্তা মশাগী লোন তম্বীদ্রি। তাইবং মপুনা থাঙ্গাল মীয়ামগীদমক খুদোল তৌবীরম্বা লাইগী শউন অদুফাও মপুক ফবদগী য়েন্নদুনা চাথোকমিন্নখ্রে হায়না খুল্লাকপনা থাম্মোয় শোক্লা পাউদমখি।

মীতৈ ওন্দুনা মরৈবাক্কীদমক কথোকখ্রবা অথৌবা অসি থাঙ্গাল শুরুংগী 'লুংথৌবু'নি হায়না শক্তাক্লদুনা আগষ্ট ১৩ খুদিংগী থাঙ্গাল মীয়াম অমসুং থাঙ্গাল ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন্না কুমওন কুমওন খুদিংদা অথৌবশিংগী নীংশিং থৌরম চাওনা পাঙথোক্কুনা লাক্লি। ঙসিসু ময়াংখাঙকী চাওরবা নুংপাক্তা ইরিবা থাঙ্গাল জেনরেল অমসুং চরাই থাঙ্গালগী মগুণ শৈথাবদা থাঙ্গাল মীয়াম্না চাউথোকচরি। মণিপুরি জাতিগী কংবা নাইদ্রবা ঈচেলদা ঈথক ঈপোক কাহল্লিবসি অফবগী খুদম্নি। পুৱারীবু থৌগল ফংজরিবা থোয়দোকপা মগুণশিং

অদুগী থৱায়না মশেক মণ্ডাল থক্তোরকপনি। ঙসিমক পুৱারীগী হী য়াইশিং অসি য়েঙ্থোক্লফম থোক্তে। মতম মতাঙগী অথুপ্পদু রিবাইবেলিজমগী শিয়োমনুংদা তাক্কক অমা নাওপুখিসনু।

চরাইরোংবা স্না হাক্তক্তগী হৌনা লৈবাক্কী অপুনবা শক্তমদা শরুক য়ারক্লবা থাঙ্গাল মীয়ামগী চপ চাবা মফম মণিপুর পুৱারীনা খাক্তুনা অসুম অসুম লাক্লিবনি। লুংথৌবু পোকপা চরাই অঙম অমসুং অপোকপী চরাই অঙখলানা তেংথাদুনা লৈহৌখিসনু, 'লুংথৌবু ঙহন' (লুংথৌবু পুন্সি ঈশৈ) শকনা শক্লা :

*Angka kalong katong long*
*Anda kabom kapin ram*
*Hi tou anao ayo nou*
*Chahou gai kapok yang*
*Aithim antubu chi yang.*

*Lungthoubu pui Angkhala ni*
*Kagui mang andan Kaha yangbu*
*Gale galebi kabui kanaran guiyang*
*Angkham kadei ambam.*

*Anao lungthoubu gui thang thalebi*

*Anjoy anarak andansot*
*Aneitei gongba la guiba*
*Gangdou gandou katheika*
*Themtangki madanei*
*Anao kalei hei chahei paithanou.*
*Gambhir Meitei sham gu-ongba*
*Nangrou nangrek kathembu*
*Hemphei Hemrani neidou*
*Kapin ram gui yangchi*

থাঙ্গাল চীংশাং নাপোমশিংদা
খোম্থাং য়ৈনা
জাতিগী অপুনবা শক্তমগীদমক
মণিপুর পুৱারীগীদমক। ❑

### পুৱারীগী চাংয়েংদা

# চোকথহৈদ্রবা মীতৈ

চীংমী তম্মী মচিন মনাওনি। *চীংনা কোয়না পনশারি, হাওনা কোয়না পনঙাক্লি*। মসিগী মতম লোইখ্রে। হাওনা মসি তানিংদে। মীতৈ মরৌ চাওবনি হায়। মীতৈ য়ুমদা হাও চংহন্দে হায়। মীতোপ মীরানগুম্না লোয়নৈ। মচিন মনাওগী মরি উৎপ্রা হায়। মসিসু চুমদবা নৎতে। অমুকসু, লুচিংবা ওইনবা মীতৈ চৈদবা য়াদে। মীতৈ চৈদ্রবদি নাগা পুন্সিন্নবা ঙমদে। চীংমী পঙহনবসু মীতৈনি। অঙ্ক হৈহন্দবসু মীতৈনি। ঈকং থোকহনবসু মীতৈনি। করিগী লাম্মৈ থাহল্লি ? করিগী পাম্লৌ উহল্লি? মদু করিগী থিংদবরা ? করিগী মীতোপ খুন্দাহল্লি ? করিগী নাগাবু কোইনা পনশারি ?

অমুকসু চীংমীনা খৃষ্টান, মীতৈনা হিন্দু চৎলুই। মসিদগী মৌনরকই চীংমী তম্মী। মসিদগী মীতৈগা লাপথোক্লরকই। অমুকসু নাগানাইজেসন, কুকিজেসন লাকই, তেঙ্গোল অহুম শেমগৎলকই। অমুকসু নাগা লান হৌরকই। শমজি খাইনরসি লাওরকই। অরোইবা লৈই চিংলকই। মণিপুরগী মীয়াম্মা য়ানিংদে। নাগা লালহৌবা অমগা মীয়ামগা মুক্লরকই। য়েলহৌঙৈদগী চিংলকপা লৈইগা মতমগী অনৌবা লৈইগা লান থেংনরকই। পুৱারী ঈচেলবু তৎতনা হোংহল্লিবা অরি অনৌগী ঈথক ইপোম্মা য়ৈবদা মুক্লবা অমসুং চায়নবগী ঈচেল অনী থোরকই। অনৌবা শাফুনা থোইনা হেন্না কনশিল্লকপা মতমদদি অনৌবা ঈচেলনা মায় পাক্কদবা মানশিল্লকই। ঙসি মপান্দা লৈরীবা মীওইশিংনা হান্নগী ঈচেল তৎশ্ত্রগনি হায়না অকিবা ফোংদোক্লরক্লি। অদুবু খুনাইগী ঈচেল ইরোলনুংদা চেল্লিবা লীক্লম্মা কংহৈদবা মরম্মা মচুমদি অদুম্মক পীরি। মতাং অসিদা লৈবাকপু কোকথোংনরিবা ফুরুপ অসিগী মতিক মগুণ নীংশিংদবা য়ারক্তে। অনৌবা সমস্যা কয়া থেংননবা হোৎনবদা অনৌবা মণিপুর অমা ওইহনশ্ত্রবা ফুরুপ অসিগী লেংবানবু পুৱারীনা হৌজ থেংখাং কয়াদা চাংয়েং তৌবা তারি। মদুগী ফল অদুমক্লি লৈবাক অসিনা ফংজগদবা, মুক্লবা অমসুং চায়নবগী লীক্লম অমা নৌনা য়াৎকদবা।

য়েলহৌঙৈদগী হৌনা পুৱারীনা হেক হেক পীরকখিবা চাংয়েং কয়াদা মীতৈশিংনা থেংনদুনা লাকখি। ৱারী শিংবুন অদুনি ঙসি লৈবাক্কী যুম্ফম ওইরিবা। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা অদুঙৈ লৌখিবা থৌদাং, ইং ১৮৯১দগী ইং ১৯৪৭ ফাওবগী মনুংদা মীতৈশিংবু লিচৈ ফাওবা পায়বা য়াহন্দ্রবদা নুপী ঈহৌগা লোয়ননা শাগৎখিবা মণিপুরী জাতিগী ঈহৌ অমসুং ঙসি থেংনরিবা লৈবাক কায়বা যাবগী থৌদাং অদু মায়োক্লরি। ঙসি মীশি মীনা থোকখিবদা নত্তনা তুংগী লাইবক্লা অমম্বদা মারিঙৈ মনুংশিদা চীংমী খরনা মীতৈশিংবু য়াম্না চৈরিবনি। থোকখিবা জুন ১৮গী থৌদোক অসি মীতৈশিংনা হিংশা তৌবনি, মেদিয়ানা য়োমশিন্দুনা ফজহনবনি, মগুণ লৈহনবনি হায়না থৌদোক অসিবু পাওথোকপীরিবনি। হংবা য়াই, পাওথোকপীবা অসিনা মীতৈবু লৈখা তাহল্লবরা ? মসিগী পাউখুম মীতৈনা পীদ্রবসু মপানগী পাওচেশিংনা খুমখি, এদিটোরিয়েলশিংনা খুমখি। ভারতকী গুরু, অখণ্ড অহৈ, রিছার্স স্কোলার কয়াগা লোয়ননা শক্লাইরবা কলমনিষ্ট কয়ানা মীয়ামগী ঈহৌবু মশক খণ্ডবীখি।

হৌখিবা আগষ্ট ১দা চীংমী খুৎলাই পাইবশিংনা নুমিৎ মপননি চুপ্পা ফাজিল্লুবা ড্রাইভর অনী অশোই অঙাম য়াওদনা থাদোরকখিবা অসি মীতৈ ওইনা থাদোরকখিবনি, ড্রাইভর ওইনা নত্তে। মীতৈগী শান্তি, সেক্যুলরিজম পামজবদু মখোয়না খণ্ডলকপদগী থাদোরকপনি। মীতৈনা হিংশা তৌরম্লবদি মখোয় হিংনা ফংলমদবা য়াই। মসি মীতৈগী মীংশেল ওইরে। পাউ অদু নেসনেল মেদিয়াশিংদা লাওথোরকই। ৱাফম অদুনা মীতৈগী সেক্যুলরিজম, শান্তি অমসুং গনতন্ত্র পামজবদু উৎথোকচরি। মতুংদদি নাগানা মীতৈ ফানিংখিগদ্রা ? পোলিটিক্স শেংনা তৌবশিংদি মসি মুন্না খণ্ডলিগনি। মরম অদুনা ঙসি

মীতৈশিংনা হিংশাগী ময়োক্তা খোঙফম চেৎনা লেপ্তুনা শান্তি ওইনা চৎথরিবা খোঙজং অসি মায় পাকপা হৌরে হায়বা য়াই। হিংশাবু থাজবা মুইভা অমদি মাগী ফ্রন্টেল ওর্গেনাইজেসন্না মীতৈগী থৌওংবু চিনবান থোংদা পঙচৈদো চৈরবসু নুংদদি ইকাই খুম্নদবা ঙমলগ্লোই।

ঙসিমক চত্থরিবা নাগা ইকোনোমিক ব্লোকেড অসি মরু ওইনা তম্মীশিংদা অতম্মনা ওনশিল্লক্লি। য়ৈখায় থুগাইদুনা লম্বী থিংজিল্লিবা অসিনা ঐখোয়বু খোইরাং খোইশাওনহল্লি। মসিদা নত্তনা ঐখোয়গী শেন্মিৎলোন্দা শাথিরবা চৈফু পীরি। তুংগী মীরোলদা চৈথেং পীহৌগদৌরি। অসুক্কী মতিক ঐখোয়বু খোইশাওনহল্লবসু মখোয়গী থাক অসিদা কুমথদুনা মান্নবা কনানসু পাম্নদে। কাউন্দট বন্দ, কাউন্টর ব্লোকেদ তৌদুনা ফুরুপ মশেল নুংশিনদনবা খোঙ্গুল থনম্বা কনানসু পামনদে। শান্তে পামজবা ফুরুপ অসিগী মফমদা অহোইনদুম চাংয়েং তৌবনি হায়না মদুবু খাঙজিন্নবা হোৎনরগা মদুগী খোয়শাওনবনা লিংজেল ওস্তোক্লুনা পোলিটিকেল ওইবা ফিরেপ লৌনবগী খোঙফম খরা নাগা ইচিল ইনাওশিংনা ঐখোয়গীদমক্তা হকপীরি। অসিগুম্বা অতম্মনা শীঙনরকপা কয়া অসিনা মীতৈশিংবু হাৎন-শুনবগী বার্ত্তন তৌরকপা কয়া অসি খাঙজিন্দুনা ইচিল ইনাও ওইবা ফুরুপশিংগী মরক্তা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী ৱাখল পোকপিনবা আপিল তৌরিবা থৌওং অসিনা চমজরবা চীংমী প্রজাশিংগী থম্মোয় শোকহন্দুনা হান্না চিংনরুরবা মীতৈবু মতম কুইনগীদমক্তা থাজনবগী মরম ওইরক্লিবনি। মসিনি মপু ওইবগী ৱাখল্লোল চেল্লিবা মীতৈনা কাংলুপ মশেলগী চান্ন চিন্নবা মরী পুথরকপগী পুৱারী।

মতাং অসিদা ঈশাগী পুৱারী কাওরুরবা মীতৈগী শক্তম কবোকংগুম্না মরা তাবা ঙমদনা পুৱারী ঈচেলগী লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা ঈমায়থক্তা তাওরগা লাকপা অসি হঙ্গৎনা য়েংবা চঙডি। মখল মথেলগী ফুরুপশিংনা য়েলহৌঙৈদা মীতৈ খুন্নাইনা তিনখিবা অমসুং মীতৈ খুন্নাইদগী মপান থোকখি হায়বা পুৱারীগী ৱাফম অসি ময়েক শেংনা হোদোক্লবা ঙমদ্রিবা অসিমক্তনা মীতৈগী থৌদাংদা অপনবা ওইদুনা লৈরি। অসুম্না হৌখিবা মীরোল মরি মঙাগী মনুংদা চীংমীশিংনা হেন্না চাওবা কাংলুপ নাগা কুকি হায়না শাগৎপ্রবা মতমদা, মীতৈশিংনা চেৎনা থাজরম্বা ৱাঙউলোন হায়বদি, মণিপুরগী পোলিটিকেল মেপ য়েকপা হায়বসি থায়না মমাঙঙৈদগী হৌনা লৈরম্বা য়ুম্ফম অদুদা ওইগদবনি হায়বদা অচৌবা চৈথেং লাকখিবনি। মসিমক হৌজিক থেংনরিবা সমস্যানি। নাগা লানহৌবশিংগী ৱাখল্লোলদ, মণিপুরগী অকোইবদা লৈরিবা চীংমীশিং অসিনা মশানা মশাবু নাগানি হায়না লৌজবগী হক লৈজবগা লোয়ননা মশাগী মরাইবক লেপচনবগী হক লৈজে হায়বা অসিনি। ৱাপম অসিদা, লাল্লি চুম্মী হায়বা থিদনা লানহৌবগীলোনদা শিখাঙ খাঙদুনা অঙম তান্নদুনা চংশিল্লকপা মতাং ওইরবদা, হৌজিক্কী মপু ওইবগী ৱাখল্লোন কোকথোংনদুনা পুরীবা মীতৈবু মায়কৈ মরি থোক্লা পল্লোন নাইনা কোইশিল্লক্লবা মতুংদদি করি করম্বা লাইবক অমা মায়োক্লগদগে হায়বদু মীতৈগী মফমদা ৱাহং ওইরি।

তশেংবদি, মীতৈশিংগী মফমদা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা খরা লৈ। মসি মালেমগী থাক্তা য়ৌহ্নবা পামই। হীরম খুদিংদা মীতৈবু অরানবা তাহন্দুনা চীংমী তম্মী পুমকায় কায়নরবগুম উহল্লি। রাজনিতিগী ওইনা খেন্নবা মীওই খরা লৈরবসু, খুন্নাই অমসুং নাৎকী ওইবা মরীদি চৎনদ্রি। চীংমী মীয়ামগা তম্মীগা মরি শম্নরি। নৌনা শাগৎলিবা লীপুন্না থোয়না হেন্না চেৎনা পুল্লি। নাগানাইজেসন অমসুং মখোয়গী তোপ তোপ্পা পোলিটিকেল এন্টিটি কন্না তাল্লকপাদা মীতৈবু লানহন্নবা হোৎনরকপদা ঐখোয়গী অপুনবা নাৎ অমসুং পুৱারীবু লানহন্নবা হোৎনরকই। মসিগী মতাং য়ৌরকপদা মীতৈগী থৌদাং চাওই।

ঙসি মীতৈশিংনা নারিবা লায়নাশিং অসিগী মথক্তা সেন্টরগী লৈঙাক ৱায়েল চুমদবা অসিনা অশোকপদা থুম থাকচিনবগুম লাক্লি। নাগা সিজফায়রদা সেন্টরনা ৱাহে অহুমগী লিলা শান্নখিবাঅমসুং মদু লৌথোকস্ত্রবা মতুংদা মণিপুরগী সমস্যা লোয়রে হায়না লৌবসি নোক্লিংবা পোক্লরমগনি। হৌজিক নেসনেল হায়ৱে ৩৯দা হিংশা য়াওনা চৎথরিবা অসিনা কাঙলুপ মশেল উংখৎনবা য়াবা ৱাফম অসিবু সেন্টরনা খঙদ উদবদগী নত্রগা থোইচৎ ৱাংচৎননা লৈথোক্লি। মদু ৱাহে অহুম লৌথোকখ্রবা মতুংগী ফলনি। থৌদোক অসিবু মীতৈ নাগা পংখৎ খৎনবগুম পাওথোকপা অমসুং ফুরুপ অনি অসিনা অপঙবা থবক তৌরে, হিংশা চৎথরে হায়না পাওথোকপসি য়াম্না চুমদবনি। অৱা চৈথেং নংলিবা মীতৈ অমসুং নাগাবু হাওরিংজেল নাইরিংজেল চেনবদগী থৌদোকসি থোকপনি হায়বসি অচুম্বমক্তি নত্তে। আগষ্ট ১৫ প্রাইম মিনিষ্টরগী পাওজেলদা অৱাং নোংপোক্লা হিংশা তৌবদগী চাওখৎ থৌরাং থিনথরে হায়বা অমখক পনখ্রবা মতুংদা অতৈ করিমত্তা পনবিখিদবা অসিনা ঐখোয়বু করম্না য়েংলিবগে হায়বদু উৎলবনি। দুরদর্শন্না লৌখিবা ইন্টর্ভিয়ু অমদা মণিপুরগী এম এল এ শিংনা চোংথোক চোংশিন তৌরিবসি ট্রাইবেল কলচরদগী থোরকপা হৌনলীচৎনি হায়না কংগ্রেস এমপি অমসুং বিজেপি এমপি অনিনা মত পিখি। অসুম্না ট্রাইবেলশিংবু হন্থনা য়েংবা অসিনা ভারত লৈঙাকলোনগী লোইবা নাইদ্রবা পেন্দবগী নিংদোন পোমফম ওইহন্দুনা লাকই। ৱাখল অসিমক নাগানা য়ুল্লোন্নবা অহোম অমসুং মীতৈগী মথক্তা খল্লিবনি।

মতৌ অসুম্না, ইখঙ খঙহৌদবা থৌদোকশিংনা মণিপুরবু অনৌবা চহিচা অমগী মাঙদা হুমদুনা পুথরি। মতমসিগী অনৌবা চহিচানা দাবি তৌরিবা অসি ফুরুপ মশেল করম লোয়নসিগে হায়বনা মরু ওইরি। হন্দক্কি থৌদোক অদু ঈমু নাইমু তানগনি হায়না মীপায়রুরে। অদুবু লৈবাক্কী অপুনবা শক্তম ঙাকপদা ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না সেন্সিটিব ওইরবা মণিপুরগী মীয়াম্না ইংনা চিক্লা নুংশি চান্ননা হিংমিন্ননিংবগী ৱাখল মতুং ইন্না ফত্ত নুংদবা থোকখিদ্রে। লৈরীবা ফিভম অসিদা অমুক হন্না থোক্লাঙাই ওইদবদি নত্তে। মতাং অসিদা মণিপুরগী মীয়াম্না ফাখিবা পারা অমা লৈখ্রবনি মদুদি, হাৎন শুনবগী মহুৎতা শান্তি ওইনা চঙশিনবগী মায় পাক্লবগী মরম লৈ। মদুনা খুনাইগী থাক হেন্না ৱাংখৎহনবদা নত্তনা মাগী পাঙ্গল কনবা হেল্লিবনি।

অদুগা অমনা, ফুরুপশিংগী মরক্তা হান্নগী শেংফাৎতবা লৈই লৈরম্বা অদুনা হেন্না মতুং শেংলক্কুনা মশাগী ফিরেপ পুজবা ঙম্বা ফুরুপশিং পুনশিন্নরগা অপুনবা কাঙলুপ ওল্লক্কুনা মখোয়গী অনৌবা রাজনিতিগী শক্তম্মা হান্নদগী অহোংবা পুরক্কুনা মখোয়গী ৱাং চাওরবা চেকপল অমা শাগৎলকপা ওইথোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অমনা মণিপুরগী লৈঙাক ৱায়েলগী চুপ্লি অসি ক্রক ক্রক লাকশিল্লকপগা লোয়ননা, মমাংগী মতমদা মাইনোরিটি সিএমশিংনা পাল্লিঙৈগী মতমদা শোইখিবশিং অদুগী অমুক হন্না থোক্তনবা মতম লাক্লোই হায়নিঙাই লৈতে। অমনা, ঙসি সেন্টর ষ্টেটকী মীয়ামগী মরী লাপথোক্ল রকপগী ময়েক হেন্না শেংলকপা অসিনা মরম ওইদুনা ইশাগী ঙমখৈদি ইশানা ঙাকচগনি হায়বগী ৱাফমদা ইশানা ইখোঙ থোংনা লেপচনবা যুম্ফম থোম্বদা মীয়ামগী মীৎয়েং চিংশিন্নরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। ঙসিগী চয়েৎ চনৈনরবা ফিভম অসিনা অরেপ্পা লৈতনা অহোংবা পীরক্লবদা ইরৈবাক্কী শক্তমনা থোইনা নুংনাংবা ফাওনরক্কদৌরি। মদুননি, অনৌবা চহিচাগী অনৌবা ৱাথোক পুদুনা লাক্লবা ইমা লৈবাক মণিপুর মহাক্কীদমক মাঙ থাদুনা চোংথোকপিরক্কদবা ফুরুশিংগী মনুংদা মীতৈ হায়বা ফুরুপ অসিদি হঞ্জানবা খলহৈদবে, পুৱারীগী চাংয়েংদা কৈদৌনুংদা চোকথহৈদ্রে, ইমা মহাক্কী ৱাজরক্লবা মীতৈ। ❑

# ঙমখৈ ঙাকপা লময়ানবা

অথেঙবা অহিংনা মম্বা হেল্লিবা মখৈ নোংঙানবা নকশিল্লকপগুম, অসিগুম্বা ককঙাউনরবা তাঞ্জা অসিগী মীরোল ওইবা ঐখোয়না কনাগুম্বা লুচিংবা লময়ানবগী খোঞ্জেল অমখক্তি খোম্থাং ওইনা হেক হেক তারি। খোঞ্জেল অদুনা মীরোল অসিগী থমোয়দা শাফু লৈনা য়ৈবা ঙমলি। হায়রিবা খোঞ্জেল অদু সেপ্টেম্বর থাগী খোঞ্জেল অসিনি। মণিপুরগী লাইবক লেপ্পীরম্বা লময়ানবা হিজম ইরাবোত পোকখিবা অমসুং নোঙ্গাখিবা সেপ্টেম্বর থানি। চিংনবা ককঙাউনবনা লাঙ্গোয় চনখিদুনা নীংবা কায়না তুমখুন হুল্লুরবা মীয়ামবু থেঙল-তাংলৌ অহীং অসিদা য়াকায়রোল শক্লিবা সেপ্টেম্বর থাগী খোঞ্জেলনি। হৌজিক্তি খোঞ্জেল অসি হেন্না হন্না কনখৎলকপগুম তৌরি। মদুগী শাফু লৈবা হেনগৎলকপগুম তৌরি। পুৱারীনা খঙডি মদুদি, মতমগী অওনবনা থৱায় পানবা হেল্লিবা মখৈ অসিগুম্বা খোঞ্জেল অসি কনখৎলক্কনি, শাফু হেন্না লৈরক্কনি। অমরোমদসু খোঞ্জেল অসিনা শাফু লৈবা হেল্লিবা মখৈ খুনাইগী অহোংবা পুরক্কনি, ককঙাউননা তুমখুন হুল্লুরবা নোংশা মচাশিংবু হেন্না হেন্না য়াকায়হল্লকখিনি।

ওহ্নোক্লা পাম্মুনা শোন্নরি, লময়ানবা অসিনা য়াম্না ঙন্না নোঙ্গাখিবসি। অমস্বদা লম্বী তাকপা শঙায়শেল কেনখিবগুমনা ইথা-থাজদনা কিয়ামপোক লমজাওগী তাংবো খুলদা মশাগী চহী ৫৫ চঙলকপদা লুচিংবগী পুন্সি কেমখিবনি। মহাক্লা মখা তানা হিংলম্বা তারবদি ঙসি লৈবাকনা মায়োক্লরিবা অরুবা ৱাফমশিং অসি অদুক হাক্লা মায়োক্লরমলোই হায়বা য়াই। ঙসি ঐখোয়না মায়োক্লরিবা প্রোব্লেমশিং অসি হৌরকপদদি প্রোব্লেম ওইরম্বা অমত্তা নত্তে। মতম কুইনা থওইদবদগী মদুনা লিশিল্লক্তুনা ঙসিগী লায়েংবদা ৱারবা ফিবম অসি ওইরকখিবনি। অরুবা ৱাফম লাক্কদৌরে হায়বগী মতম খূদিংমক্তা শেম শাদুনা লৈরবা ইরাবোতকুম্বা লুচিংবশিংগী মফমদদি ৱারেপ ৱাখৈবা হায়বসি মখোয়গী পামজবা শিন্থানি। অসিগুম্বা লুচিংবা লৈরবা লৈবাক্তা অসুক লুরবা থৌদোকসি লৈগদবা নত্তে।

লময়ানবনা পায়খৎলম্বা থবকশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবদি লৈবাক্কী অপূনবা শক্তম শীঙনরকপা থেংনবা অসিনি। ঙসি এনএসসিএন (আইএম) গী দাবীনচিংবা অসিদগী থেংনরিবা ৱাফম অসিমক বৃটিশনা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎলমদাই মতমদগী হৌনা অদুম থেংনরক্লবনি। এজেৎ ফিজোগী লুচিং মখাদা নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা মণিপুরগী নাগা তাবা লমশিং নাগালেনদা তিনশিন্নবগী হৌরকপা অকনবা ঈহৌদা ইরাবোতনা হৈ-শিংনা পায়খৎলম্বা থৌদাংশিং অদু নৌহৌনা নীংশিংনিংঙাই ওইরি। হৌগৎলকপা মতাঙদা ফুরুপ খুদিংমকপু খোনবা অমদি য়াম্না খোমজিন তাশিনবা মওংদা লাকখিবা কোহিমাগী নাগা দাবী অসি মতমদুদা অরায়বনি হায়না থৌওইরুদবা য়াদে হায়না লময়ানবগী তুংগী শান্না উবা মিংয়েং লৈখি। দাবী অসিনা হেন্না কনখৎলক্তুনা ঐখোয়গী অকোয়বদা নিল্লরিবা অসি মীয়াম্না মায়োক্লদ্রিঙৈ মমাঙদা ষ্টেট লৈঙাকনা হান্না থেংনগদবনি হায়বসি লময়ানবগী মোতনি। মসিগী মনুংদা, মতমদুগী হিলস য়ুনিয়ন্না তাল্লম্বা *'মপূংফাবা লৈঙাক'* কি দাবী অদুবুদি মহাক্লা শৌগৎলমই। মসিগী মরম হায়ববু, মহাক্কী পুকচেল শেংবা অদুনি, কখোকপা অদুনি। নেসনেলিজমদা অচৌবা কাঙলুপকি খোমজিন-তাশিনবা থৌওং অদুনি। মহাক্কী মোত্তা, মসি প্রজা খরতংগী দাবী নত্তে, মণিপুরগী চীং-তম প্রজা অপূনবগী দাবীনি। মরম অসিদগী মহাক্লা হায়খিবা, হিলস য়ুনিয়ননা তাল্লিবা মণিপুরগী দায়িত্ব শীল লৈঙাক পীবিয়ু অমসুং মদুগী মনুংদা মণিপুরগী চীংলৈবাক্কী লৈঙাক তম্পাক্তগী তোকহনবীয়ু হায়বসি তাবীয়ু (লুনা লৌবীয়ু) হায়বা দিপ্লোমেটিক ওইবা অমসুং তুংগী শান্না উবা মিংয়েং অসিনি। মহাক্লা হীরমশিং অসিগী মরুওইবা তঙায়ফদনা হকচিন্না লৌদবা য়াদবগী পোলিটিকেল ওইবা প্রাইওরিটিশিং অদু নীংথিনা খঙলম্মী।

অদুবু ঙসি ৱাফমশিং অসিনা মীরোল তরেৎ লাম্হোরক্লবা ফাওবদা পীকশিনখিবগী মহুত্তা হেন্না হেন্না চাউথোরক্লি। কোলোনিয়েল বৃটিশ লৈঙাক্লা মথৌ হাপ্লম্বদগী ইণ্ডিয়াগী ষ্টেট ওইনা চঙনখ্রবা মতুংদা নিও-কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্কী ফিবান্নুংদা পল্লেপফম খঙদনা চেন্থরক্লিবা ৱাফম ওইরি, ময়োল লৈঙাক্লা ৱারেপ ৱাখৈবা

পামদ্রি। মসিগুম্বা অরানবা লৈঙাক্কী তমথীরবা থৌওংশিং অসি শীঙনবা ইরাবতনা পাম্মী, অমসুং চীংতমগী অচেৎপা লীপুন থমদুনা মখা তানা থেংননবা শেম শাখি, মাঙজিল থংনা চোংথোকখি। চীংতম তোখায়হন্নবা শীনবা খূদিংমক থেংনদুনা মণিপুরগী অপূনবা খোঙবু অমা শেমখি। মসিমক মুক্লবা লমদমগী মহৈ ওইনা ফংবা, ময়োল লৈঙাক্লদি পামখিদ্রবা মণিপুর পুৱারিগী মমল য়াম্লবা খুদোল ওইনা ফংখিবনি।

মতাঙ অসিদা মণিপুরগী চীংগী লুচিংবশিং অমসুং মীহুৎশিং থুনা মহারাজনা কৌবিদুনা মণিপুরগী ওইরকপা য়াবা খূদোংথীবদগী কন্নবা ইরাবোতনা মণিপুরগী মহারাজদা তকশিনখিবদু নীংশিংনিংঙাই ওই। চীংতমগী মীয়াম পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা পূল্লগা অফ-ফত্তগী লাইবক শেম্মিন্নদুনা অমসুং মদুদা মীশিং য়াম্বা অমদি য়ামদবা ফুরুপ খুদিংমক্না মাগী মাগী শরুক ফংফম থোকপা ফংনদুনা ৱাত্ত-পাদবা, নুংঙাই-য়াইফবা অমসুং মনীংতম্না পানবা মণিপুর অমা শেমগদবনি হায়বসি মহাক্কী আপিলনি। অদুবু গবর্ণমেন্টনা করিসু মিৎয়েং চঙবিদ্রবদা ইং ১৯৪৭ নবেম্বর ৩০ দা ইরাবোতনা প্রজাসংঘগী মহুৎশিন্দুনা চীংতম অপূনবগী মিটিং কৌখি, অমসুং পোলিটিকেল পার্টি পুম্নমক্কী *‘য়ুনাইটেদ ফ্রন্ট’* শেমখি। মদুগী অনীশুবা ৱারেপকী মতুংইন্না কেএনএগী মিঃ লুনে গা মহাক্কা কোহিমা তান্না চৎমিন্নদুনা এ জেৎ ফিজো য়াওনা নাগা লুচিংবশিং উন্নরুবা অমসুং মথৌ তাবা ৱারী তৃপনরুবা অদু পনবা য়াই।

অসুমনা লময়ানবগী ঙমখৈ ঙাকলম্বগী অৱাংবা ডিপ্লোমেসি উৎলম্বা অমসুং চীংতমগী অপূনবদা থম্বা মহাক্কী থাজবা অসিগী মশক্তি অসুক্কী মতীক ময়েক শেংপ্রে মদুদি অথেঙবা মতমগী পুৱারীনা অতৈ অমা পুথোকপা ঙমদ্রি। মদু ওইখিবগী মরমসু মঙোন্দা লৈখিবা মমা নুংশিজবগী থাক অদুননি। মহাক্না মমাগীদমক্তা কথোকপা ঙম্বদা নত্তনা লৈত-লায়রবা, ওৎপি নৈবিরবশিংগী মরক্তা লৈদুনা হেন্না ৱানা হিংলম্বা ঙম্বা অদুনি। অদুবু ঙসি ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা ৱাহংদি, ইরাবোতনা চখুরম্বা থৌওং অসিগুম্বা ঙসিগী মীরোলনা করম্না চখুরিবগে অমদি চীংমীশিংগী মরক্তগী য়েলহৌঙৈদগী হৌনা নুংশিননা হিংমিন্নরক্লিবা ঈফুরুপচা খরনা মণিপুরগী অপূনবদা য়াওনীংলক্তবগী ঈশুল ফাওনরক্লিবসি করিদগীনো হায়বসিনি। অপূনবা অমত্তা ওইবগী মান্নবা লীচিংনা তুংকোইনা করমনা অমুক মখা তানা লৈমিন্নবা ঙমখিগদগে হায়বা অসিনি।

ইরাবোতকী মীৎয়েংদি চীংতমগী অপূনবা মশক থোকপা মণিপুর ওইহনবনি। য়েলহৌঙৈদগী চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নরকখিবা ঈফুরুপচাশিংনা পূন্না হিংমিন্নবা য়ানবা অনৌবা ৱাখল মীৎয়েং থম্বা অমসুং মখোয়গী নুংঙাই-য়াইফনবা শেনমিৎলোনগী থবক পায়খৎপিবা অসিনি। লম্বী-থোং ফহনবা, লৌউ-শিংউবা, হৈ-রা থাবা, মহৈ হৈহনবা,

মখোয়গী শেম্ভোক লম্বী লৈহনবনা ফুরুপশিংগী মরক্তা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবগী লীচিং পুরক্কনি হায়বসিনি। ফুরুপ খুদিংমক্কী মশাগী ওইবা লোন, চৎনবী, নাৎ লৈজরিবা খিবিক অসি চাওখৎহন্দুনা মশাগী লেমজনিংঙাই ওইবা শক্তম তাকচহনগদবনি। মদুনা অপূনবগী শক্তম শাগৎপদা চাউনা থৌদাং য়াহনগদবনি। নাগানাইজেসনগী শরুক অমা ওইরিবা *'লুই ঙাই নি'* থৌরম অসিমকনা অচৌবা মায়ওন পীবা ঙমলি। মসিগুম্বা কলচরেল ফোরম অসি হেন্না পাকৎোক-চাওখাকহন্দুনা ফুরুপশিংগী চৎন-লীচৎ-নাৎ, লোনগী লৈহাও কাহন্দুনা অপূনবা শক্তমগী অচেৎপা লীপূন শেমগৎকদবনি। খোঙথাঙ অসিদা অচৌবা ফুরুপশিংগী খোমজিন তাশিনবা হৈবা ৱাখল মীৎয়েং অমসুং লমজিং-লূচিং হৈবগী থৌওং অসি য়াম্না মরু ওই। শোথক্তৌরবশিংবু পুক্লিং থৌগৎনা থোং মান্ননা পৃথৎপগী মিৎয়েং য়াওদনা থবক তৌবনা খোমজিন তাশিনবগী মহুত্তা কায়নবগী মরম ওইগনি হায়বসিনি। অদুবু মরুওইখ্রবা ৱাফম অসি ঙসিগী মীরোলনা কয়ামুক ময়েক শেংনা পাযখৎলিবগে হায়বসিদি ৱাহং ওইরি।

থোইদোক্না পনবা য়াবদি, মণিপুরগী জাতিদা মহাক্কী মীৎয়েং অসিনি। ইবাবোতনা ইমা হায়না কৌখিবদু ইমা মণিপুরবুনি। নীংতম্বা বেলোরুশনা নীংতম্বা সোভিয়েট য়ুনিয়নদা য়াওনগুম নীংতম্বা ইণ্ডিয়াদা ফেদবেল ষ্ট্রকচরদা মণিপুরনা নীংতম্না য়াওবা পাম্লম্মী। চীংতমগী অপূনবা মণিপুরনা করো তম্পাক য়াওনা থায়নগী মিংচৎকা লোয়ননা মনিং তম্না লৈঙাকচনবগী অপাম্বা লৈরম্মী। চহিচা অসিগী খোল্লাউ ওইরিবা সেল্ফ ডিটর্মিনেসন অসিবু মহাক্না পামলুবগী মরমদি, মণিপুরগী মীয়াম্না মশানা পামজবা মওংদা মশাগী লৈঙাক, শেনমিৎলোন, খুনাইগী অফবা শক্লোন অমদি মশাগী ঙমখৈ ঙাকপা ঙমজনবনি। ঐখোয়গী পুন্সিগী য়াইফহনবদা চঙবা অফবা ৱারেপ খুদিংমক ইশানা য়ানিংনা শেমজবা হায়বসিনি। *ইন্টর্নেসনেল কোভনেন্ট ওফ ইকোনোমিক এন্দ সোসিয়েল রাইটনা* পীরিবা মীওইবগী হক অসিনা লমদমসিগী মীয়ামদা ডিমোক্রেসিগী পথাপ লৈহন্দুনা চীংতমগী অপূনবা মণিপুরনা নুংঙাই যাইফনা ঈং-চীক্না লৈবা ঙমগনি অসিনি। ঙসি ইণ্ডিয়াগী ফীবান্নুংদা পুশিনবিথ্রবা মতুংদা ঙমখৈগী পুক্লিং লুমদ্রিবা, শেনমিৎলোনগী মরু-মরা পুমহল্লিবা, ইণ্ডিয়াগী লান্মীনা লাঙ্গোয় চলহল্লগা মীওৎ মীনৈ চথুরিবা কয়া অসিগী ওইরক্কদবা শক্লোনবু মাঙজৌননা উখিবা লময়ানবনি। মণিপুরগী লাইবাক্তি মণিপুরগী মীয়াম্না লেপচগদবনি। মশাগী ঙমখৈ মশানা ঙাকচগদবনি হায়বসি লময়ানবা ঙমখৈ ঙাকপগী চেৎলবা ৱাখল্লোন্নি। ❑

# মালেমদা ফুন পুথোকপা

## অহানবা লৈপাক কংলৈপাক মণিপুর

ইণ্ডিয়ানা মালেমগী মনুংদা ফুন (জিরো) পুথোকপা অহানবা লৈবাকনি হায়রি। মদুবু আর্যবর্ত্তনা শৌগৎলি। অদুবু ইন্দিয়া নত্তবা করম্বা লৈবাক্না ফুন পুথোকখিবগে হায়বদুদি কনানসু খণ্ডদনা লৈরক্তি। লৈবাক অদু কংলৈবাক (মণিপুর) নি হায়না প্রোঃ কাণ্ডজিয়া মঙাঙগী লাইরিক *"রিবাইবেল ওফ এ ক্লোজদ একাউন্ট"* না দাবী তৌরি। লামায় ৮৬ পানবা লাইরিক অসি জুন ১৪, ২০০৩ দা ফোঙখিবনি। মমলনা লুপা ৩০০ নি। হীরমসিগী মরীদা হৌখিবা চহী ৪০ চুপ্পা থিজিল্লকখি হায়রি। যুম্ফমদি মীওইবগী হকচাং কয়াৎলোন অসিদা ওইরি। হকচাং কয়াৎকী মতুং ইন্না ঐখোয়না যুম শারি, যুম্ফম খোল্লি। য়েলহৌঙেগী কংলৈ লৈঙাক্লোনসু হকচাং কয়াৎলোন্দা চথরি। মনীংতম্বা লৈবাক ওইরকখিবা কংলৈবাক্কী লম্মিৎ তুম্মিৎসু হকচাং কয়াৎলোন ওইরি। মপানগী ওইবা অচৌবা তাইবঙসু মসিদা ওইরি। তেংবানবা কৌরিবা অপূনবা য়ুনিভর্স নৎত্রগা তাইনবদা লৈরিবা তাইবঙপানবা অসিমকসু হকচাং কয়াৎলোনগা মান্নরি। কয়াৎলোন অমা লেপ্পা লোইরবা মপৃঙ ফারবা শক্তম অদুবু লাংপূম কৌরি। নোংদোল লাংপূমলেন ওইখ্রিবা মহৌশাগী নৎত্রগা লাইগী মশক ওইরবা পোৎশকশিং অসিবু শরুক ১৮ থোক্লা অমুকসু খায়দোক্লি। হায়বদি, নোংদোল অতিয়াদা লৈচিল থারমদ্রবদি, মঙাল অমসুং খোঞ্জেল থোক্লমদ্রবদি তাইবঙপানবা অসি লৈবমলোই। মসিমক্না মীওইবগী হকচাংদা মীৎনা উবা ঙমদবা থৱায়না লৈরিবনি। মতৌ অদুগুম্না, পুম্ন মক্তগী অথোইবা তাইবঙপানবগী মপু ওইনা য়ুনিভর্সদা অতিংকোক মরু শিদবা ওইনা লৈরিবনি। তাইবঙ মীওইবনা মহাকপু থিরক্লবা মহাক্কী ওইবা তাইবঙ খূৎশেম শেম্বীরম্বনি। মীওইবনা চাদা নাউদা শন্দোক্তুনা মীরোল অমদগী অমদা মপা মমা ওইহল্লিবা অসি অতিংকোক মরু শিদবা মহাক্কী খূৎশেমনি। তাইবঙগী অহানবা খূৎশেমদা লৈমরেন শিদবী অমসুং শিদবা অনীবু মমা মপা ওইনা মহাক্না পুথোকখিবনি। মহাক মশামক্না তাইবঙগী অহানবা অঙাঙ ওইনা শায়োনবীখিবনি। ইশাইফুদা নুমিৎ হুমনিদা শুবা অঙাঙ ওইনা, *ফুহিংম্না পীবারেন* ওইনা সনা অহিংবা মচুনা পূমঙান-ঙান্না লাকপিখিবনি হায়বসিনি কাণ্ডজিয়াগী ৱাখল্লোন।

অসুম্না তাইবঙপানবা মপুগী মচা ওইরিবা সনামহীগী শক্তম অদুগী মতুংইন্না তাইবঙমী ওইরক্লিবা অমসুং মহাক্কী হকচাং কয়াৎকী এনাটোমি সাইন্স অদুনা খূৎশেম পূম্নমক্কী যুম্ফম ওইরি হায়বা মীতৈ ৱাংউলোন্দু অইবনা শুগায়না তাক্লি। মতৌ অসুম্না, তাইবঙ শেম্বা মপুনা তাইবঙ কুম্মৈ শান্নরিবনি। তাইবঙপানবগী অপীকপা শরুক মাইক্রোয়ুনিবর্স ওইরিবা মীওইবা ঐখোয়না তৌবা ঙমলিবা খিবিক অসি মহাক্কী মগুন্না ঙমহল্লিবা ঙাক্লি। পূম্নমক মহাক্না শেম্বনি। মহাক্কী অনীংবগী মতুংইন্না তাইবঙগী যুম খুদিংগী নিংথৌ ওইনা লাৎলিবনি।

ঐখোয়গী ময়েক অসিসু হকচাং কয়াৎলোনগী মতুংইন্না লেপখিবনি। মতৌ অদুগুম্না, মশীং থীবগী থৌওং অসিসু হকচাং কয়াৎলোনগী মতুংইন্না লেপখিবনি। পলেমগী শিয়োমনুংদা থাবুম ১০ নাওপুরিবা নাওৱানা পম্বৌগী কয়াত্তা শজিবু, কালেন হায়না থাবুম অনী নাওপুরি। ৩শুবা থাদা পলেমগী শিয়োমনুংদা ইঙা কুমদমলি, ইঙেনথাদা কুমখায়রি, থৱান থাদা ঈলিক চারা তমলি। ইঙা থাদা ঙাচক মাল্লি, মদুনা চৈশীঙ অমা ওইরি। অনীশুবা থাদা খোঙ খূৎ থিন্দোকপা হৌরক্লি, মদু চৈশীঙ অনী ওইরি। ৩শুবা থাদা তাং পাল্লকই, চৈশীঙ ৩ ওইরি। অসুম্না মথং মথং লাকপনা ১০ শুবা থাদা নাওৱা মপাল থোরক্লে, নাওৱানা লৈরম্বা শিয়োম হাঙহৌরে। অহাঙবগী শক্লোন অদুনা 'ফুন' (জিরো) ওইহৌরে।

মতাঙ অসিদা নীংশিংবা য়াবদি, খৃষ্টগী মমাঙ চহীচা ৬কী অদুৱাইদা হীন্দুগী অঙ্ক হৈবশিংনা জিরো (ফুন) শীজিন্নরম্মি হায়বসিনি। থায়না মমাংঙৈদা মীওইবনা হিংগনি হায়বা খঙলবসু মশীং থীবগী চৈশীংলোনগী লৌশিং লৈরমদবা অসিদগী হৌরগা মী অমগা অমগা খুনাইগী ওইবা মরী লৈনরকপা মতমদদি চৈশিংলোনগী লম্বী উনরকপা স্বায়দগী হৌনা য়েংবা তারকই। ইজিপ্তা চহী ৫০০০গী মমাঙদা চৈতেক্তা চপ মান্ননা ইদুনা মশীং থীবা চৎনরম্বা, বেবিলোনিয়ান, গ্রীক, হীব্রু, চাইনা, রোমানশিংনা তোঙান তোঙানবা নিয়মশিং শীজিন্নদুনা চৈশীংলোন চৎনরম্লবসু 'ফুন' (জিরো) শীজিন্নবা হৈরমদে। ১০ শুবা চহীচাদগী হীন্দু; আরবী, জর্ম্মনশিংনা জিরো শীজিন্নবা হৌরকখি। মসিগী মনুংদা আরবশিংনা অতৈদগী শীজিন্নবা হাল্লবসু খৃষ্টগী মমাঙ ওইরপ্পা জিরো শীজিন্নখিবা ইণ্ডিয়াদগী হৌখিবা ওইগনি হায়বসিনি। ৮শুবা চহীচাদা আরবশিংনা স্পেনগী শরুক অয়াম্বা লান্দাদুনা লৌশিনখিবা মফমদুদা হীন্দু-আরবী চৈশীংলোন অসি চৎনখি। য়ুরোপতা লৈবা অয়াম্বনা মসিবু শীজিন্নরকপা অমসুং ১৫ শুবা চহীচাদা চৈশীংলোন অসি য়াম্না পাম্না শীজিন্নরকপা নিয়ম অসিগী য়ুম্ফমদি ডিসিমেল সিষ্টেম হায়বা খঙনবা মশীং ১০ অসিনি। মরম অদুনা হীন্দু সিষ্টেমদা য়ুম্ফম ওইবা আরবি মশীং অসি আর্যবর্ত্তনা হীন্দু লমদমদগী হৌরকপনি হায়জবরবসু কংলৈ চৈশীংলোন্না চহী লীশিং হেন্না হাল্লি হায়বসি কাংজিয়ানা খুদম পীদুনা তাক্লি।

প্রোঃ কাঙজিয়াগী লাইরিক অসিদা পল্লিবদি,মমাঙঙৈদা মশীং থীবগী অমদি চৈশীং পাবগী কংলৈ নিয়মদা অঙ্কগী ওইনা শীজিন্নবা মওং অসি *পুনপা/তিনশিনবা, খাইদোকপা, য়েন্নবা, ফুবা (পুরিবা)* হায়না চৎনরম্মি অসিনি। চৈশীং পাবগী মমাংঙৈ চৎনরম্বগী মনুংদা 'হোলিপা' অমসুং অতোপ্পা মওংগী 'হোলোংপা' অসি কংলৈপাক্কী অপোকলোন শুবা (এষ্ট্রোলোজর)শিংনা পাক শন্না শীজিন্নরম্মি হায়রি। হায়রিবা নিয়ম অসি ঙসিগী কংলৈচা (চীংমী-তম্মী) শিংনা খুন্দারিবা ঈণ্ডিয়াগী ষ্টেট খরদসু অদুম্মক চৎনরি হায়বসিনি।

মতৌ অসুম্না, কংলৈ মশীং 'ফুন' হৌরকখিবগী ৱাহং ওইরবা ৱাফম অসি কংলৈপাক অসিদা চহী ৪০০০ হেন্না চৎনরক্লি হায়বসি 'পাখঙপা নোংখোঙলোন পুয়া, লৈশেমলোন

অলিপা, পুতিল, লৈথক লৈখারোল' পুয়ানচিংবা পুয়া ১০০ হেনবনা হায়দুনা অমদি শৌগত্তুনা লাক্লি হায়না পল্লি। মলিয়া কুমশীংনা খৃষ্টগী চহীদগী ১৩৯৭হল্লি । হৌজিক্কী মলিয়া কুমশীং ৩৪০০নি। হায়রিবা কুমশীং অসি ১৩৯৭ বিসিদা কংলৈপাক্তা পানখিবা মলিয়া ফম্বালচা হায়বা কংলৈপাক্কী নিংথৌনা লিংখৎলম্বনি। মদুদা ফুন মশীং য়াউবা চৈশীং য়াউবা চৈশীংলোন অসি সনামহী লাইনীংগী পুয়া ওইরিবা 'ৱাকোকলোন থীলেন সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়া' না শীজিন্নদুনা কংলৈ নিংথৌ মলিয়া ফম্বালচানা যেন্নিং কুমদগী হৌরগা য়াম্না কুপশিন্না পারবা চহীগী চৈশীংলোন 'স্কায় কেলেণ্ডর' হোংলম্মি হায়রি। অপোকলোন শুবা অসি শজিফু, কালেন, ইঙা ... লমতা হায়বা থা ১২ গী ৱাংউলোন অসিগী য়ুম্ফমদা শেমদুনা অমদি হায়রিবা থা ১২ অসিনা মমা মপাগী ঈলিক্তা, শিয়োমনুংদা নাওৱানা অঙাঙ ওইরকপগী শক্তম মপুঙ ফারক্তুনা মমৈদদি নাওৱানা তাইবঙ ফাউখিদুনা ইমাগী শিয়োম থাদোক্লম্লবা মতুংদা অহাঙবগী মশক ওইহৌরিবা ফুনগী শক্তম অদুগী য়ুম্ফমদা শীজিন্নরকখি হায়র্বসিনি।

থোইদোক্লা কংলৈ ৱাংউলোনগী অরংবা মশক অমনা, কংলৈপাক্কী লিববা শেনয়েক-শেনমিৎলোন অসিগী মতুংইন্না,মহৌশাগী পোৎকা পোৎকা থুংশিন্নরম্বা অসিগী মহুত্তা লাইরেম্বী হেলোই ৭ না শেনয়েক শীজিন্নবা হৌদোক্তুনা কংলৈপাক্কী লনশোম্বী কৈথেল দা চৎনরম্মি হায়না অইবনা পল্লি। কংলৈগী লিরবা ৱারীদা শেনযেক শীজিন্নবম্বা লাইরেম্বীশিং অদুদি হৈপোক লৈম, মোনশাম্বী, চীংঙু লৈম ললহৈবী, অসিনচিংবনি। শেনখায় অসিগী নাকল অমদা শেন ৫০ হায়না উনম তৌই। 'শেনচাউ' নাকল অমদা শেন ১০০ হায়না উনম তৌই। মলিয়া কুমশীং ১৪৪০ (৩৩ এডি) দগী হৌনা কোইরপ কোয়বা অচৌবা শেন্না শেন ১০০ গী অমসুং কোইরপ কোয়বা শেন মচা (শেনখায়) না শেন ৫০ গী মহুৎ শিনখ্রে হায়বা অসিনি। মতৌ অসুম্না মখা তারকপা নিংথৌশিংনা চৎনরম্বা শেনয়েকশিং লাইরিক অসিদা ফোটো নমথোক্তুনা উৎলি।

লাইরিক অসিদা চঙখোন্না পল্লিবদি, কংলৈ ঈয়েকশিং অসিগী হৌরকফম অমসুং মদুগী মপূং ফারবা ৱাহন্থোকশিং অসিনি অর্মাদি,কংলৈ পুৱারীগী নিংথৌরোলশিংনা চথরম্বা পুৱারীগী খূদম চাংদমশিং শুগায়না পল্লিবা অসিনি। কংলৈ ঈয়েক শীজিন্নবগী লিরবা ৱারীগা লোয়ননা ঙসিমক্কী ষ্টেট গবর্ণমেন্ট অমসুং লনাই লুপশিংগা লোয়ননা চঙশিন্নরকপগী ৱারী ময়েক্কি লীরি। ময়েক অসি ৱাংউলোনগী শেংলবা য়ুম্ফমদা শাগৎখিবা অচুম্বা ময়েক্কি হায়না পল্লি। ,লাইরিক অসিনা পীরিবা পাউজেলদি হীরম কয়াদা ৱাত্ত-পাদবগী পুক্কৈ-লনগৈ চোন্না লৈরকপা, চৈশীংলোনগী অৱাংবা থাক্কী মগুণ চেল্লিবা মশক অসিবু মুন্না খঙমীন্নবগী মথৌ তাবা অসিনি।

ঙসিগী মীরোল খরসিগী মনুংদা ঐখোয়গী ঈরোল, ঈয়েক হিংহন্নবগী মরীদা কুপনা থিজিনবগী থবক চথরকপা অসিনা অৱাং নোংপোক লমদম অসিদা ইন্টেলেকচুয়েল রিভোলুসন হৌহল্লিবনি হায়বা য়াই। লাইরিক অসিদা অইবনা ফোঙদোক্লিবা ৱাখল্লোন অসিদা অইবগী ৱাখল্লোন ফজনা মমি তারি; অরানবা পুৱারী

চুমথোকপগী, অরুবা লাইফম কয়ামুক খোঙনা চৎতুনা থিজিল্লুবগী, হৌখিবা চহী ৪০ হেন্না কংলৈ চৈশীংলোন থিজিল্লুবগী অসিনচিংবা খোঙচৎ কয়া লনাই লুপ ফাওবা শেমদুনা চথরুবগী ৱাফম উবা ফংলি। তোপ-তোপ্পা থৌওংশিং অসিনা মণিপুরগী খুনাইদা থোইদোকপা অনৌবা ঈথিল অমা পীবা হৌরল্লি। মীয়ামগী তোপ-তোপ্পা মশক অমদি অইবগী ইন্টেগ্রিটিনা মায়ওন পীরল্লি। লনগৈ চোন্না লৈরিবা লৈবাক অসি মমিংদগী ওইনা লৈবা, মপু ওইবগী থৌদাং লৈতবা অখণ্ড-অহৈশিং অমসুং হূগী স্বর হোল্লিবা এক্সপান্সনিষ্টশিংগী পীকচপ্লবা থমোয়নুংদা মোংফম ওইহল্লি, অদুবু মতম খরদংগী ওইনা হিংলিবা থৱায়শিং অসিনা অসিগুম্বা লনগৈ অসি শেমগৎ-শাগৎপা ঙম্লোই; মরমদি মখোয় অসি কুইনা হিংদনবগীদমক্তা শেরান্ননা নোংদমবীরকপ্লবনি হায়না অইবনা থাজবগা লোয়ননা ফোংদোকই। ঙসি লৈবাক্তা কৌরিবা মীশক্তু মুননা খণ্ডি অমসুং হাংলিবা মফমদু মেনবা তাই হায়বা চেৎনা থাজবগা লোয়ননা চঙশিল্লিবা থৌওং অসিনা লৈবাকসিগী ইন্টেলেকচুয়েল ঈহৌদা চাওনা ঈনোৎ পীরগনি, অমসুং হীরমসিদা মালেমগী থাক্তা চঙশিন্দুনা লৈবাক অসিগী পুক্কে লনগৈগী ইনাক খুনবা মতৌবু মালেমগী ফম্বাক্তা ময়েক শেংনা উৎথোকপা ঙম্লগনি হায়বা য়াই। ❑

# মণিপুর পুৱারী ২১ শুবা চহীচা

(লাইরিক নৈনবা: অইবা - প্রো. এন সনাজাওবা, অফোঙবা - এন আর সি, মমল - লু: ২৫০/-)

অওনবা অহোংবগী অনৌবা মীৎয়েংদা য়েংলগা ইবা অমসুং য়েৎনবীংঙাই ওইদনা মীয়াম্না ইবা পুৱারীগী য়ুম্ফমদা ইদুনা পুথোরক্লিবা পুৱারীগী লাইরিক অসিনা হীরম ১৬ লাচল্লি। হায়রিবা হীরমশিং অসিগী মনুংদসু অতোপ্পা হীরম মচা কয়ামুক খায়দোক্তুনা ২১ শুবা চহীচাগী অমসুং মমাঙগী ইনর্ফোমেসনশিং ময়েক শেংনা পীরি। মসিগী ওইথোকপা য়াবা ৱারেপ ৱাখৈশিং আইনগী অমদি মালেমগী চৎন-পথাপকি মীৎয়েংদা পীরি। ২০/২১শুবা চহীচাদা মণিপুরদা থোকখিবা মরুওইবা থৌদোকশিংগী ক্রোনোলোজিকেল চার্ট অমসুং রিফরেন্স নোটশিং অমদি, ইনদেক্স য়াম্না ময়েক শেংনা পীরি।

নৈনরিবা হীরমশিংদি, ২০ শুবা চহীচাবু হন্না য়েংখৎপদা অহানবা তংখায় (১৯০০-১৯৪৯), অনীশুবা তংখায় (১৯৫০-১৯৯৯) অমসুং ২১শুবা চহীচাদা হায়না পন্দুপ অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা হৌখিবা মতমগী লোইলম লৈঙাক্লোনগী ফীবান মনুংদা ওইরমখিবা লৈঙাক্লোন, খুনাইরোল অমদি শেনবালোন (ইকনমি) গী ফীভম/

থাক নীংথিনা উৎলি অমসুং ২১শুবা চহীচাগী ওইরক্লিবা অসিগুম্বা থাকশিং ময়েক শেংনা উৎলি। বৃটিশ লোইলম লৈঙাক্কী মথাদা চৈথেঙ ফংলবা মীয়াম্না হৌগৎলক্লুনা ফুরুপ মশক খঙবা (নেসনেল এৱার্নেস) ঈহৌ তৌরকখিবা অসিনা ২১ শুবা চহীচা ফাওবগী মনুংদা লেপ্পা লৈতনা চত্থরক্লিবা মরুওইনা, ২ শুবা তাঙ্কক অসিগী পুৱারীগী য়াঙলেন শরুদি মণিপুরি নেসনেলিজম ওইবনা মীতৈগী ফজরবা লীক্লম- লীচৎ, নাৎ, লোন কয়াবু সংস্কৃতাইজেসনগী মায়খুমদা বন্দি ওইনা খল্লম্বদগী নাম্থোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা মীতৈগী রিনাইসাঁ থোরকখিবা অমসুং মণিপুরবু নম্ফুদা লৌশিনখ্রবা মতুংদা মণিপুরি নেসনেলিজমগী মহুৎ ইন্দিয়ান নেসনেলিজম্না মহুৎ শিন্দোক্লবা হোৎনবদা নত্ত-নত্তবা পান্থে কয়া শীজিন্নরিবা অসি নৈনরি। থৌওং অসি মনুং অমসুং মপানগী ওইবা থাক খুদিংমক্তা ঙসিগী লোইলম লৈঙাক্লা লেপ্তুনা চত্থরকপা অসিদগী মোৎলবা পোলিটিকেল (পার্টিশিংগী) প্রোসেস তৌরকপা, কাঙলুপ মশেল হাৎনহম্বা, ইকনমিক ক্লাস শেম্বা, মীচমগী পুন্সিদা অমোৎপা ৱাখল, অমোৎপা লমজেলগী অকনবা লাইচৎ অমসুং লাম্মীগী মনীং তৌবা মীহাৎ মীপুন তৌরকপা অসিবু শীঙননবা মণিপুরি নেসনেলিজমগী অমসুং মরোমদোম লেপচবগী ঈচেলসু লেপ্পা লৈতনা চেন্থরক্লি অমসুং নেসনেল লিবরেসন ঈহৌনা তুকথবদি লায়রদুনা হেন্না-হেন্নদুম কনশিল্লক্লুনা মালেমগী ওইবা তোরৈদা পূন্না চেনথমিন্নবগী থাক অমদা লাক্লি হায়রি।

*মণিপুরগী ইর্ন্টনেসনেল ষ্টেটস* নৈনবগী পারাদা মণিপুরনা এসিয়াটিক সোভরেন ওইনা লৈরকখিবগী অমসুং মণিপুরগী ষ্টেটস মরীক চূম্না নৈনরি। *মণিপুরগী ইর্ন্টনেসনেল বাউন্দরিগী* হীরমদা ঙমখৈগী হৌরকফম, ঙমখৈদা উংখৎনবা, ইথনিক বোর্ডর, থায়নগী মীতৈ ষ্টেট/কোন্না মণিপুর, মোর্ডন মণিপুর, রিকগনাইজদ বাউন্দারি, গ্রেটর মণিপুর বাউন্দরি নীংথিনা নৈনবগা লোয়ননা গ্রেটর নাগালিম অমসুং মণিপুর মূথৎনবা শরৌ লাং কুপ্পা নৈনরি। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমসুং ইনষ্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী চৎনবা য়াদবা ৱাফম পল্লদুনা পেরামাউন্টসিগী মতুংদা নীংখা তম্লম্বা মণিপুর এন্নেক্স তৌখিবগী ৱাথোক কুপ্পা নৈনরি।

*মণিপুরগী পোলিটিকেল ইকনমি* নৈনবদা অইবনা হকচীন্না য়েংবগা লোয়ননা অখাকপা লৈতনা মোত পীরি। মণিপুরবু ইন্দিয়াগী ফীবান্নুংদা নমতীন তীনশিনখ্রবা মতুংদা, ইন্দিয়া লৈঙাক্লা শেম্লুম হৈথদুনা মীখল পাঙথোকপা, মীয়াম্বু লুপাগী সমুদ্রদা ইরাক্লহনবা অমসুং মশীং থীবদা ৱারবা লাম্মীনা শৌগত্নুনা খুৎনেক লৈঙাক শেমগৎপগা লোয়ননা ইরমদমগী লৌমী শিন্মীশিংবু ইন্দষ্ট্রিয়েল ইকনমি লৈতবা থাক্কী ফীভমদা থন্বীরি। তঙায়ফদবা ইনফ্রাষ্ট্রকচরশিং শেম্বীদ্রি। অহোয়ননা, লৌউবা য়াবা লমশিং ইন্দিয়ান

রিপব্লিকি লৈবাক খোপচিনবা রাজনিতিগী ওইবা থৌরাঙগী মহয় ওইনা লম কয়া মথং মথং মাঙশিল্লক্লি। অদুগা শেন-থুমগী চাওখৎনবা ইনফ্রাষ্ট্রকচর ফংহনবগী মহুত্তা মীয়াম্বু কঞ্জুমরিজমগী ঈরৈদা লূপহন্দুনা খুনাই অসিবু ***কঞ্জুমর সোসায়টি*** ওইহন্দুনা লৌপু যোংনা তালহল্লে। ঙসিদি থবক শুনিংদবা ল্লেক মনিগী মতেংনা হিংবা মীরেম্না খুনাইগী ইকায় খুম্নবা ফংনা হিংলি। ব্রার্ক কলচর মৌনরবা গবর্ণমেন্টকি থবক ঙায়দুনা লৈরিবা নহা ওইরিবা মীওই লাক্ষ ৩/৪ বু ককঙাওনহন্দুনা অতনবা লাইরেন্বী লাত্তুনা লৈহল্লে। গঞ্জা-ড্রগ লল্লোনবদা ওনশিন্নবগী মরম ওইহল্লে। ইং ১৯৪৯দগী লাকফম থোকপা ডিবলপমেন্ট লাকখিদবসি ইন্দিয়ানা মণিপুরবু লোইলম ওইহনখিবননি হায়রি। **অসিগুম্বা মতীক চানা শীজিন্নদ্রিবা পোথোক পুথোকপা ঙমজদ্রিবা ফীভমশিংবু হন্না য়েংখৎপগা লোয়ননা শেন-থুমগী অওনবা অমা পুরক্কুবদি মণিপুরগী তুংগী চারোল-শুরোলগী খুনাই লৈঙাক্লোন অমসুং শেন-থুমগী ফীভম অমম্বনা কুপশীনখ্রগনি।** মরম অদুনা পোলিটিকেল ইকনমিগী উচলসিদা ঈহৌ অমনা অওনবা পুরক্লবা হোৎনগদবনি হায়রি।

**ইং ১৯৪৯ মতুংগী লৈঙাক্লোন, লিবরেসন মুবমেন্ট**দা অইবনা হকচীনবা মীৎয়েং থম্লদুনা নৈনরি। পোলিটিকেল পার্টিশিংনা ইন্দিয়াগী লীক্লমদা চৎখিবদগী মণিপুরগী নেসনেল ক্বাইসনবু থৈদোরক্লি অদুগা মীয়ামগী পব্রার বেজ মীয়ামগী খুত্তা লৈত্রে। মশানা মশাগী পব্রার বেজ অদু লল্লোনবশিংদা বনধোপ থমখ্রে হায়না মোত পীরি। মসিগা লোয়ননা, অনৌবা মীরোলনা লোইলম লৈঙাকপূ পাক্তক্লনা য়াদবা ফোর্স ওইনা থোরকপা, কলচরেল নেসনহুদকী ঈহৌ লাকপা, নেসনেল লিবরেসন মুবমেন্ট থোরকপা অমসুং কনশিল্লকপা হেল্লক্লি। মসিদগী মীচম প্রজা নুপী অঙাং খাক্তনা মীহাৎ মীপুন, ওৎপা নৈবগী চৈথেং নংলকই। মীচমগী খুনাইবু মিলিটরাইজ তৌরকই। অদুবু নোংমা নেসনেল কন্ত্রাডিক্সন অসি লৈখাই তাবা মতমদদি মুক্লবসি লৈররোই হায়রি।

অইবনা হকচীন্না নৈনবশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবদি, **মরোমদোম লেপ্পগী ব্রাখল্লোন অমসুং মরোমদোম লেপ্পবগী হক অমদি ঈহৌ** অসিনি। ব্রাখল্লোন্দদি, হান্নদগী হৌনা মণিপুরগী মীশিং য়াম্বা মীয়ামগী অপাম্বা ওইরম্লে অমসুং ঙসিসু ওইরি হায়বগী ইনর্ফোমেসন মরীক চুম্না পীরি। মালেমগী চৎন-পথাপ্পা পীরিবা মরোমদোম লেপচবগী হক অদুগী মরীদা কুপ্পা নৈনরি। অদুগা মরোমদোম লেপচনবা ইং ১৯৪৯দগী ২১শুবা চহীচা অসি ফাওবা হৌরক্লিবা ঈহৌগী মরীদসু অইবনা মণিপুরগী য়াওল ঈহৌগী অমসুং লূপশিংগী থৌওং থৌদৌশিং কুপ্পা নৈনরি। মায়কৈ কয়াদা অকিবা পীরিবা ইন্দিয়াগী থৌওং অসিনা মালেমগী মীৎয়েং মণিপুরদা চীংশিন্নবগী অচৌবা তাঞ্জা অমা পীরে। অদুবু চীং-তমগী ওইবা পূনশিল্লবা মান্নবা খোঙথাংদি লায়রদনা,

তমগী ওইবা ফাওবা মপুঙ ওইবদগী কাং-খোং চাইরবা লুপনাও ফাওবনা পূনশিন্নবগী অমত্তা ওইরবা ঈহৌ হায়বদু পীবা ঙমদবনা নীংবা কায়হল্লে হায়বসিনি।

লাইরিক অসিদা হাপচীন্নিংবা অমত্তং পল্লবদা, মণিপুরদা কলচরনা লৌরকখিবা পুৱারীগী খৌদাং, মালেমদা খুনাইসিগী থাকপু শক্তাকখিবা অদুগা শাগোন্নবা নেসনেলিজমগী য়াকায়রোল শকখিবা, ঙসি ফাওবা লেপনাইদনা পুথরিবা মণিপুরি নেসনেলিজমগী মরুওইবা শাদোং ওইরিবা কলচরগী মপুঙ ওইবা হীরম অমা লাইরিকসিনা কাল্লম্বসি মেনখৎলবদি লাইরিকসি মপুং হেন্না ফাবদা নত্তনা মীয়ামগী কান্নগনি।

পনবা য়াবা থোইদোক্লা তোপ-তোপ্পশিংগী মনুংদা ১/২দং শীঙথাদুনা পল্লবদি, য়ায়তোঙ-ফমদোঙবশিংগী মাঙদা পুৱারী ইবগী মহুত্তা, চীংমী-তম্মী অনীগী মশীং য়াম্লবা মীয়ামগী য়ুম্ফমদা পুৱারী ইরি। ষ্টিৱার্ড মিলনা হায়বগুম্না, ষ্টেটকি মতীক চাবা/চাদবা হায়বসি মমৈথঙদদি মদুদা লৈরিবা মীচম মীয়ামগী মতীক চাবা/চাদবগী মখা পোল্লকই হায়বসিদা অইবনা হকচীন্না লৌরগা ২০/২১শুবা চহীচাবু মীয়ামগী মফম ওইনা কনফম থোকই; খুনাইগী লূ-তোংদা জাতিগী ঈচেল শীম্থুংনা য়ৌফম থোকই; মদুনা খুনাইসিগী সোসিয়েল দাইনামিক্সপু চীংমী তম্মী অনীনা দায়ত্ব লৈনা শেম্মীন্নরক্কনি হায়না অইবনা থাজরি। মদুননি অইবনা চীংতমগী ইমালোল ৩০ বু থোং মান্ননা য়োকখৎপা হায়বসি শাংনা উঙম্বা পুৱারীগী মীৎয়েংনি হায়রিবা অমসুং মীয়ামগী অয়াবা য়াওদনা রাজনিতিগী ফিরেপ লৌবা, রাজনিতিগী থাক হোংবনা লৈবাক শোয়দনা মৈৱায়গনি হায়রিবা।

অইবনা খ্বাইদগী চেকশিন্না য়েংলিবা মীৎয়েংদি, মালেমগী জিওপোলিটিক্সতা, তায়নফমদা লৈরুবা ঈরমদম অসিগী মাঙলমচত্তগী হৌনা চেন্থরক্লিবা মরোমদোম লেপচবগী ঈচেল অসি খমহন্দনা চেন্থখিনবা লীক্লম ফাংপা অসিনি। অইবনা সিবিলাইজেসনবু অৱাবা কৌবা মীওইবনা পাম্মদ্রবা মমা-মপা অনিগী চারোল শুরোলনি হায়রদুনা ৱারবা মীয়াম্বু পাউমেল্লি। খুদোংথিবা, অৱাফমগী গুহা-শুরুংদগী কাখৎনবা হোৎনবদা মীওইবগী চাওখৎপা পুন্সিরোল-সিবিলাইজেসন থোরকই। ২০ শুবা চহীচাদা লোইশিলহৌদবা মণিপুরগী নেসনেল ক্যাইসনগী অমম্বা শুরুং, ঈরাক্লফম ওইরিবা ঈরৈশিংদগী নাম্থোক্তুনা নোংঙাল্লকপগী অশেঙবা কোরৌ মঙালগী মশেক্তা ঈরমদম ইমা লৈবাক্লা মপুং ফানা ঙাম্থোইজবা হায়বদু ২১ শুবা চহীচাসিদা ঙাইরি হায়না অইবনা থমোয় শোক্লা ফোঙদোক্লি। ❑

# কংলৈবাক্কী পুৱারী হন্না ইবা

হৌরকফম, শাৎফম কাঙখুলদা পুম্মুৎ মুৎপগী দষা নংলিবা ফুরুপ অদু '**মীতৈ**'নি। লোল, ময়েক, লায়নীং-নাৎনা মীরান খুৎশেমগী মৌখৎহল্লবা ঈপাক ঈরোল্লুংদা লুপথল্লবদা মশাগী মীহৌরোল কায়নখিদুনা উত্তাংবীগী পুন্সিরোল অমদা লম্মাংনহল্লিবা অদুসু মীতৈনি। মশাগী হৌরকফম মমিং মথা শক্তাকপা ঙমজরক্লিবা লেমজনিংঙাই ওইদ্রবা ফুরুপ অমনা মালেমগী মমাল্লবা মরক্তা ফিন্দা কনবা ঙমজরক্লিবা অদুসু মীতৈনি। খা-নোংপোক এশিয়াগী চীঙলৈবাক মচা অসিদা মীহৌরোলগী লম্বী লমখায়দা লম্মাংনদুনা চহিচা কয়া থুপচিন-তাশিন্দুনা খাঙলক্লিবা অদুসু মীতৈনি। মখোয় অদুনি, ঙসিমক শিবা চঙবগী ৱাহং পুদুনা চৎলিবা। য়েলহৌঙেগী খুনাম লীজরকপদা চরম মেক্তুনা হিংথৎ থৎপগী লৌতুনরকপা চৈথেং চৈনাখোন্দা চহিচা অহুক খাঙলুরবা মতুংদা ঙসিদি মতমগী য়াওলদা হিংগৎলক্লে। অদুবু মীৎকপ থোরকপদা কুরাও হং চন্দুনা লৈরম্লবা খুন্নায় অসিনা থাইনগী মঙালদা হৌজিক্কী খোঙথাং লৌদুনা করম্না মশা খীঙনা মাঙদা চঙশিনগদগে হায়বগী তাক্কক অদুদি অদুম্মক মায়োক্লখিবা তারি। মদুমক্কী, মতমগী য়াওল খোঙচৎনা পুৱারীগী পীবুক্কুংদা তাওজিং হৈরু পাল্লকখিবগী মতৌ উৎলক্লিবা, অমসুং নাওয়েক পীরক্লিবা।

'সলাই পুন্সিফম ইম্ফাল' অমসুং 'কংলৈপাক থৌশীলকোল ইম্ফাল' অনীনা শীন্দুনা '***২১শুবা চহীচাগীদমক কংলৈপাক্কী পুৱারী হন্না ইবা***' হায়বা সেমিনার অসি দি এম কলেজগী হোলদা হৌখিবা ওক্তোবর ১১ দা পাঙথোকখিবনি। দেলিগেট ৪০০মুক তিনখিবা চীংলেম্লবা মীফম হৌদোকপগী থৌরমদা সলাই পুন্সিফম লাইনিংলোয়শিংনা শকখিবা শৈহৌ ঈশৈ অদুনা মীয়াম্বু শুক্কৎখি। "***হো ইমা ইমা - ও! ঐসু লাক্কে ইমা-ও'.....***" কপ্পা কপ্পা শকখি, মীয়াম্বু তু চুংহনখি। মদুনা শাগৎখিবা মীয়ামগী পুক্লিং ইথিল, মদুগী ইনোৎনা থৌরমদুগী তোপ তোপ্পা মশক পীখি। প্রো: কাংজিয়া মঙাংদি মাগী চে পাবা লোয়দনা চপ লেপখি। চেক মোক লাওখিদে। য়েংখৎনরুবদা উখি, পুক্লিংগী ইথিলনা থুক্কৎলদুনা ৱা ঙাংবা ঙমদ্রবা শকফম, মরাল পক্তিবা অঙাংনা মবুক নুংশিনা নুংহিক্লবগুম। পামজবা নাকলদা মীওইবনা মবুক লাঙবা হৌনশানি। মদুগী মহয় অফবা নত্রগা ফত্তবা অদুদি মহাক মহাক্কী শরুক্কি। নুংহিক্লখিবা মতেক অদু পনবা য়াই ".... পুয়া মৈ থাম্লবা তুংদা মীতৈ মীহৌরোলগী মরাইবক থীবা মতম অদু থুংলরে। অমম্বা মীহৌরোনগী অহিং অদুনা ঙসি ফাওবদা ঐখোয়বু কুপ্পুনা থল্লি। ঙসি অসিমক নোংঙাল্লমদাইগী অমম অঙান শিন্নরকপা মতমনি। ইশাগী মীহৌরোলবু নোংমনা অমা হায় নোংমনা অমা তৌদুনা ৱাখলনা শারগা, য়ুম্ফম য়াওদনা মীঙোন্দা তাংলগা লৈরিবা শোখহৌরবা কংলৈ পুন্সিরোল অসিগী মহুত্তা অশেংবা মীহৌরোন অমা পুথোক্কুনা মতীঙ লৈবা,হৌফম শাৎফম খঙজনা হিংফম থোকই। তুমখুন হুল্লুরবা পুন্সিরোলগী শরুকশিং অসি ২০শুবা চহিচাদা শিন্নরম্লগা অচুম্বা মীহৌরোনগী চেনাশিংগা শাগোন্নদুনা ২১শুবাচহিচা তম্না চংশিল্লসি। য়াহৌ থেঙশ্লবদি ঐখোয়গী তুংলমচৎ অসি অমম্বা ঙাক্কুনা কুপশিনশ্রগনি।"

---

**কলমনিষ্টকী টাবু** *কর্টসী : ইম্ফাল ফ্রি প্রেস, ১৫।১০।১৯৯৮*

অখন্নবা লেঙবীরকপগী তাঙবলদা লেঙশীনবিখিবা পণ্ডিটলোয়শঙগী পণ্ডিট অচৌবা, ঙারিয়ানবম কুল্লচন্দ্র সিংহনা মীয়াম্বু পুক্লিং থৌগত্তুনা মাঙদা চঙশিন্নবা পাউজেল পীখি, "…. থুপশ্রবা অখঙ অহে অহল-লমনশিং অদুগী মনাক ফমহৌবা ঙসিগী অহল-লমনশিং থুপশ্রবা তুংদদি অরীবা মতমগী লালা লংজীলশিং অসি কিশি থোকপা ৱাহৌরগনি। তাঙ্কক অসিদা ঐখোয়গী ৱাংহৌবা মীহৌরোনবু নহারোন্না থিগৎলকপশি য়াম্না মতাঙ চারবনি, নত্রবদি হৌরকফম খঙদবা হায়বসি মৈতৈদা খম থেংনা লৈহৌরগনি।"

অথোইবা লেঙবীরকপা ওইনা লেংশিনবিখিবা মণিপুরগী নিংথৌ লৈশেম্বা (সনাজাওবা)না পীখিবা পাউজেল অদু অথুপ্পা মহাওনা থল্লি। "…. ঈরৈবাক্তা ফংদবা লোন্দা-পুদা অসিদি নাখৈশেংনা ৱায়বা চঙঙি। ঈরোলদা লৈবশিংদি মীরোল শীজিন্নবিরোইদবনি। মীগী ফজবা মপোত্তু ঈপোত্তা ফিট তৌশিনবনা কান্নরোই। মসি মতীক চাদবা, লাইরিক লাইশু হৈবা ৱাংপগী থৌওংশিংনি। হৌজিক্তি, লান্না ইশিল্লম্বদু মতমসিগা চুনবা মওংদা মায়ওন পীবা চঙই। মদু নত্রবদি, জাতি অসিনা মরৈবাক নুংশিবা ঙল্লক্লোই, মরৈবাক্কী কথোকপা ঙম্বা মী তাঙগনি। লৈবাকশিবু নুংশিবা ৱাংপা হায়বসি খঙবা ৱাংপগী মহয়নি। হৌজিক্তি,মীহৌরোন অসিমক ইরমদ্রবা য়াদ্রবা, তঙায়ফদ্রবা অমনি। "

মীফম মপূ ওইনা লেঙশিনখিবা, চহিনা লুমশিল্লক্লবা রাজকুমার মধুর্বজিৎ সিংহ, মেজর ওইরম্বা অহল ইবুংঙোনা অখাকপা লৈতনা থমখিবা পাউজেল অদুনা তিল্লিবা মীয়ামগী থমোয়দা থৌনাগী ঈনোৎ হৌহনখি। "… মীরোলসিগীদা নত্তনা তুংগীসু, ঙসি থোক্লিবা মিৎকপ অসিনা জাতি অসিবু মাঙদা চৎখৎপা ঙমহল্লসনু। ঐখোয়সি ভারত মচানি হায়বদা চাওথোকচনিংঙাই ওইদ্রি; মরমদি ঐখোয়গী মীহৌরোন, লায়নীং, ঈনাৎ, য়েলহৌঙৈগী খোঙ্গুলবু মখোয়না মুথৎলক্লি, লশ্বী লমখায়সিদা ঐখোয়বু লম্মাংনহল্লরি। ঐখোয় মাঙদা চৎখৎলি হায়বা ঙমদে। মালেমগী ফুরুপশিংগী মমাঙদা ঐখোয় লেমজনিংঙাই ওইদ্রি। ঐখোয় হিংবা হিংদবগী তাঙ্কক অমা মায়োক্লরি। লৈবাক্কীদমক কথোক্লবা অচেৎপা ফীরেপ লৌবা মতাঙ ওইরে। তুংগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা মীরোল অমা ঙসিগী মীরোন্না থম্বীরম্মু। মীয়াম্না চঙশিনবিরিবা পানদম অদু য়ৌদ্রিবা ফাওবা নীংহন্নবা য়াদে, ইমা লৈবাক্লা মঙ্গল ওইগনি।"

চে পুথোকপিখিবশিংগী অহেনবা অৱাংপা খন্নরদুনা, মীফম অসিনা ৱারেপ লৌবিনবা জর্জগী পেনেলনা থাঙ্গৎলকখি। সেন্টিমেন্ট পক্লা ঙাঙাবখিবা অহল লমনশিংঅমসুং দিলিবরেশন্দা শরুক য়াখিবা নহা ওইবা দেলিগেটশিংনা করি রিএক্ট তৌরক্কদগে হায়না নুংনাংবা ফাওনরুই অদুবু অঙকপনি, পুম্নমক্তু ঈচেল অমত্তগী ঈথক ঈনোৎ ওইরম্লে। অয়েৎপা অমত্তা য়াওদনা ৱারেপ লৌখি।

পুৱারী হন্না য়েংশিন্দুনা হন্না ইথোক্লবগী ওইহল্লক্লিবা মতমগী অমসুং মদুগা মৈচেন্নহল্লিবা থৌরমশিং অমসুং ঈরৈচাশিংদা শৌগৎপিবা চুমগনি। নাকল নাকল তানদুনা হি হোন্নরম্বা কয়াদু অকাউবগী লৈরোন চনখ্রসনু। সনাগী ময়েক্লা য়েক্লরগদবা শেংলবা কংলৈপাক্কী পুৱারীনা মালেমগী পুৱারী মমাঙদা লেমজনীংঙাই ওইরবা মফম অমা কনবা ঙমজরসনু। ❑

# কলমনিষ্টনা খুনাইদা পীরিবা খুদোল

কলমনিষ্ট হায়রগা নিতিগী ফোঙলিবা পাউচেশিং অমদি অতৈ চয়োল অমদি থাগী ওইনা চাং নাইনা ফোঙলিবা অসিনচিংবা চেফোঙনচিংবা পেরোদিকেলশিংদা মফম কন্দুনা ইরিবা অইবশিংবু নম্না খঙনরি। কলমনিষ্টশিংনা ইবা ৱারেঙশিংনা পাউচে অমদি চেফোঙশিংগী মরু ওইবা শরুক ওইরি অমসুং খুনাইগী মিংশেল ওইরি। থৱায়গা হকচাংগা কায়নবা য়াদবগুম্না এদিটোরিয়েল কলমনা হকচাং ওইরবসু ফিচর কলমনা থৱায় ওইরি। নৎত্রগা, এদিটোরিয়েল কলমনা থৱায় ওইরগা, ফিচর কলমনা হকচাং ওইরি হায়বা য়াই। মরম অদুনা আর্টিকলনা চেফোঙ অমদি পাউচেশিংগী থৱায় নৎত্রগা হকচাং ওইবদা নত্তনা লৈঙাক শাশন অমসুং খুনাইগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা শিংলি নাওরীনা কন্না পুল্লি, শম্নরি।

মালেমগী থাক্তদি কলমনিষ্টশিংনা শীঙথাবা য়াবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাক্লি। লৈঙাক্লোন, খুনাইলোন, শেন্মিৎলোন্নচিংবগী মরীদা কুপ্না নৈনদুনা মরী লৈনবশিং অমসুং মীয়ামদা অশেঙবা পাউ য়ৌহন্নবা কলমনিষ্টশিংনা হোৎনৈ। ঙসিগী চাউখৎপগী খোঙথাংনা ইনফোর্মেশন এজগী থোঙ্গাল ফাউদুনা নোলেজ সোসায়টিগী মায়কৈরোমদা চঙশীল্লক্লিবা অসিমক কলমনিষ্টশিংগী হকচাং ওইরিবা মেদিয়াগী অচৌবা খুদোলননি। মগুণ লৈবা আর্টিকলনা অরুবা ৱাফমশিং ৱাখৈবা ঙম্বা মরম্না অচুম্বদগী নাথৈরবা লম্বী কয়া আর্টিকলগী মঙান্না লম্বী তাকখ্রে। লনাইগী অমদি খুনাইগী লম্বীশিং তাক্লিবা ফিচরশিং ইবগী পুৱারী অমা শেম্লক্লিবা ঙসিগী মালেম্নি।

মগুণ লৈবা আর্টিকলশিংগী ৱাফম খরদং পঞ্জরবদি, চিকাগো ত্রিবুনগী কলমনিষ্ট ক্লারেন্স পেজিনা আফ্রিকান-আমেরিকানশিংনা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী মরমদা আর্টিকল কয়া ইদুনা ফোঙদোক্লম্মি। মসিনা 'Diversity and the news' হায়বা থিমদা সেমিনার পাঙথোকহন্দুনা য়ুএসকী প্রেস খূদীংমক্তা ব্লেক রিপোর্টর নৎত্রগা ফোটোগ্রাফর অমমম থানবগী ৱারেপ লৌনবা মরম ওইহনখি। ইন্দিয়াদা ইং ১৯২০ দা ভার্নকুলর প্রেস কয়া থোরক্লবদা বাল গঙ্গাধর টিলক, গান্ধি, এন্নি বসন্ট গোখলে অমসুং রাজাজিনচিংবনা গুজরাটি, হিন্দি, মরাঠি, কনাড়ানচিংবা লোন্দা আটিকল কয়া ইদুনা ঈহৌ শাগৎখি। নীঙতম্লবা মতুংদসু অশোয়বা কয়া ইনভেষ্টিগেটিব জর্নেলিজমনা তরক তরক থেংনহৌখিবদু মীয়াম্না কাউবা ঙম্নদ্রি। হিন্দু পাউচেদা ইরিবা কলমনিষ্ট কুলদিপ নায়রনা ইন্দিয়ান এক্সপ্রেসকী **'Between the lines'** হায়বা caption গী মখাদা অমসুং অরুন শৌরিনা মগুন লৈবা আর্টিকল ইদুনা 'মেগসেসে এৱার্ড' ফংখি, অদুবু মখোয়গী থবক্তি থদৎপিখি। রামেশ থাপরবু 'সেমিনার' গী অমাঙবা ইরুবদগী থবক থদৎপিখি। মালেমগী মীয়াম্না Caricaturist ওইনা খঙনরবা শংকরনা মাগী ফাগিগী কলম অদুগী হাক্তক্তা মাগী চয়োল চেফোঙ **'The Shankar's Weekly'** ফোঙবা থিংজিনবিখি। মাগী মরুপ প্রাইম মিনিষ্টর নেহরু ফাওবনা মতেঙ পাংখিদে। নবকিশ্বর মহাপট্রগী নুপী ছবিরানী মহাপট্রনা উরিষাগী লল্লোনবা অমগী মায়োক্তা আর্টিকল ইরুবদগী লৌতুনরগা হাত্তোকপিখি।

অসুম্না কলমনিষ্টশিংনা চুখৎলম্বা মৈরা অদু হৌজিকসু মুৎত্রি, মখা শমথহৌরি। মখোয়গী মফমদগী শিন্থখিবা হুমাংমল অমদুং ঈগী ঈরিক অমমম্না ঈরিক চা-লীশিংদা পাকথোক চাউথোরক্লি। চাউথোকচনিংঙাই ওইরবা কলমনিষ্ট এস জে আকবর, এস কে কুলর্কানি, এম ভি কামট, ৱাজবির হুসেন, জে এন দিক্সিট, খুসৱান্ট সিংহ, চলিপটি রাও, দুর্গা দাস, ফ্রান্সিস রোবর্ট মীয়ামদা শক্তাক্লুবগী থোইনা মথৌ তাদ্রে।

অদুবু মাইকৈ অমরোমদসু, জর্নেলিজমগী মীৎচৎ হন্থনবা করিগুম্বা য়োল্লো জর্নেলিজমগী মশক উৎলকপগুম্না কলমনিষ্ট মরক্তসু এঠিকেল ওইদবা থোরকপা য়াবনা খুনাইনা মাঙজগদবদু য়েংলগা কলমনিষ্টশিং অমদি মীয়াম্না মুন্না য়েংশিনমিন্নবা চঙশিং। মতাঙসিদা নীংশিংবা য়াবদি, অষ্ট্রিয়াগী জর্নেলিষ্ট অমনা ফেদরেল চান্সেলরগী মথক্তা মেগাজিন অমদা ইখিবা আর্টিকলদা **'besest opportunism'** অমসুং **'immoral'** হায়বা লোন্দা শীজিন্নরুবদগী ভিয়েন্না কোর্ট ওভ আপিলনা ক্রিমিনেল কোদকী মখাদা ফাইন তৌখি, আর্টিকল ৫০গী মখাদা সিল্লিং ২৮৪, ৫৩৮.৬০ পীহনখি অমসুং মেগাজিন ফোঙবা থিংজিনখি।

মসিদা নৈননিংঙাই ওইবদি, মীওইবগী ৱাখল্লোন অসিনা মালেমবু হুমদুনা পুরিবনি। লাকঙম ফাঙমদ্রবা শক্তিশিংবু তেহল্লগা শীজিন্নরিবনি। নীংঙায়দনা তুমখুন হুনজরিবা থমোয়শিংবু য়াকায়হল্লগা থৌনা অমসুং মতীঙ ফুদোকহল্লিবনি। ঙসিগী অনৌবা মখলগী খুনাই অমদা খুরুপ থাদুনা হোংলক্লিবা অসিমক মীওইবগী ৱাখল-লৌশিংগী মপান্ননি। লেপ্তুনা হোংলিবা মতম্না অরি অনৌগী থোঙ্গাল কয়া ফাওনা লাকখিবা হায়বদি, লৈখুলদগী উমংদা, উমংদগী কোয়না চৎলকপা, অদুদগী খুৎশা হৈবা পুন্সিরোল, অদুদগী ঙসিনা অমুক নৌদ-নৌবা লৌশিংগী খুনাই অমা তম্না, লৌশিং তান্নবগী পুন্সিরোল অমা পুরদুনা মীওইবনা হিংনরক্লিবা অসিমক ৱাখল্লোন শীজিন্নবা মীশকশিংগী খুদোলশিং অদুনা মরু ওইবা শাথৌবা ওইরিবনি। ঙসিগী অনৌবা মতম্না ঙসি হিংলিবা ঐখোয়গী মীরোল অসি ফাওদোক্লা অফ-ফক্তগী টেলেস্কোপ থান্দুনা য়েংলিবশিং কলমনিষ্টশিংনা ফংনবা তাঞ্জরিবা অখণ্ড-অহৈশিংগী মরল ওইরিবা ৱাখল্লোন অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা চত্থরিবনি। ঙসিগী অখণ্ড-অহৈগী পোখোক্লা খুমাঙ চাওশিল্লবা মতমসিদা, লমদমসিদা শেম্মিংলোনগী মীখা পোনবা কোক্লবা অশেঙবা মীৎয়েং পীবা ওমদবগী থাক্তা লৈরিবা ইন্টিলেকচুয়েল ওইনা লৈরিবা লায়রবগী লায়না অসিবু কোক্লবা অখণ্ড-অহৈশিংবু প্লেটফোর্ম অসিগী খুথাঙদা য়োকখৎপগী অমদি শীঙথাবগী তঙায়ফদবা লাক্লি। কলমনিষ্ট ক্লারেন্স পেজিনা মসিবু অমম্বদা লৈরম্বদগী ঙালহনবা ওম্বা প্লেটফোর্মনি হায়না শীঙথারি। অমম্বা মরক্তা লৈরম্বা পোৎশকশিংবু অনৌবা মঙালদা থান্দুনা মীয়াম্না উবা ওম্মবগী তাঞ্জা ফংহল্লিবা অসিদা নক্তনা শেংনা উহনবা ঙম্বগী মরী মখোঙ অদুবুসু উহনবা ঙম্লিবা প্লেটফোর্মনি হায়না শীঙথাই। অসুম্না লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা মালেমগী সিবিলাইজেশন্না তম্নকপা খুদোল অসি লমদম লমদমদুগী খুনাইগী থাক মতুং ইন্না মদুগী মফম পীকপা নৎত্রগা চাউবা তাই। তৌবদবু লমদমদুগী মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবগী দায়ত্ব লৌবা তারিবা কলমনিষ্টশিংগী হোৎনজমল অমদি হৈশিংবগী মখা য়াম্না পোল্লি।

মণিপুরগী মীৎয়েংদদি, হিজম ইরাবোতনা ফিচর ইবগী মীৎয়েংদা শাগত্তুনা শাউচেগী লমদা লময়ানখিবা অমসুং অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংদা চেফোঙ কয়া পুথোক্লুরকপগা লোয়নননা ফিচর ইবা মীশকশিং থোরকখ্রে। ৱাথোক কয়া থোক্লনবা মণিপুরদদি হীরম কয়াদা কলমনিষ্টশিংনা শরুক য়াদুনা থৌদাং চাউনা লৌরক্লি। কলমনিষ্টশিংগী অপূনবা লুপ অমা ইং ২০০০ দা লিংখৎখ্রে। মসিমক লেপনাইদনা হোংলিবা খুনাইগী অৱাৎপা মেনবদা থৌদাং চাওনা লৌরিবা মেদিয়াগী চাউখৎলকপগী মিংশেলনি হায়বা য়াই। কলমনিষ্টকী মথৌ অসি লৈঙাক-সাসন অমসুং খুনাইগী থবক্তা হেন্না চন্নফম লৈহনবা চুম্মী। ষ্টেট গভর্নমেন্টকী থৌশিল অমদি পোলিসি শেম্বগী ফীরেপ লৌরকপদা কলমনিষ্টশিং হকথেংননা শরুক য়াহনবা থোইদোক্লা কান্নগনি। খুদম ওইনা, HIV/AIDS থেংনরিবা Policy on Information, Education and Communication (IEC) Cell দা কলমনিষ্টশিং হকথেংননা শরুক য়াহনবা কান্নগনি। ষ্টেট গভর্নমেন্টকী মরী লৈনবা লোয়শঙশিংনা শৌগৎপিবা চুম্মি।

অরোয়বদা হায়র্জনিংবদি, মতম অসিগী খুনাইগী মরু ওইবা কয়াৎ অমা ওইবগী থাক্তা লাক্লবা মেদিয়াবু শৌগত্তুনা চাওখৎহন্নবা হোৎনবগী লম্বীদা কলমনিষ্টশিংগীসু শরুক তম্বীবনা অচুম্বা ওইগনি অমদি, খুনাইসিদা কলমনিষ্টকী মফম চাওনা কল্লিবমখৈ খুনাইগী মাইফবা ওইগনি। ❑

২১শুবা চহীচাদা

# ধর্মগী মফম - (১)

ধর্ম হায়বসি মীওইবগী ৱাখল্লোন্না হক্তুনা শেল্লবা খ্বাইদগী ওবজেক্তিভ ওইবা উচলশিংগী উফম অমনি। মীওইবগী পুন্সিদা চঙদবা য়াদ্রবা অমা ওইবনা মসিগী পান্দমদি মীওইবা পূম্বদা নত্তনা তাইবংপানগী য়াইফনবনি। তাইবংপানগী য়াইফনবনি হায়জরবসু অফবা অমদি ফত্তবা অনীমক্কী থবকসু ধর্ম অয়াম্বনা তৌবি। ধর্ম খরনা অফবগী মিংদা মীওইবগী পুন্সিবু ঈশ্বরগী অপাম্বদা লৈহন্দুনা মখোয়না পাম্বা ফীভম অমসুং মতমদা মীওইববু মখোয়গী খুয়াখাগী মনাই ওইনা কুম্থহন্দুনা মখোয়গী মথা পোলহল্লি। শক্তি লৈরবা ২১ শুবা চহীচাগী মমাঙমক্তদা ঈকায়বা অমদি অকিবা লৈত্রবা ধর্ম কাঙলুপশিংনা উপু দুকান ফল্লি, জাৎ-কুচু খায়দোক্তুনা দিভাইদ এন্দ রুল থৌশিল চখরি। ঈশ্বরগী মিংদা দুকান ফল্লিবা ধমগী দুকান্দারশিংনা মখোয় মশাবু ঈশ্বরগুম্না উহল্লি। অসিগুম্বা থৌওংশিংদগী অপুনবা খুনাইগী মনুংদা উংখৎনহল্লিবা অমসুং কাঙলুপ নাইবা থৌওংনা পোলিটিকেল ওইবা

মায়কৈদা লাকপদগী খূরক হাঙদনা ৱাথোক কয়া থোকহল্লি। মসিগী দায়ত্ব অসিদি খুনাইগী য়াইফনবগীদমক্তা মীওইবগী ৱাখল্লোন্না হক্তুনা শেমখিবা ধর্মনা ওইফম থোকই।

মতমগী মতুং ইন্না থোক্লক্লিবা সাইন্টিফিক আওটলুক, সেক্যুলরিজম, গ্লোবেলাইজেসন, হায়ব্রিদ কলচরগী থৌওং-থৌদৌ অসিনচিংবনা ধর্মবু মায়কৈ চুন্না পুবা ঙমহৌদবদগী থোকহল্লক্লিবা উংখৎনবা, অমগা অমগা নুংশিনদবা, অপীকপা মনীং তম্বা লৈবাক মচাশিংবু অচৌবা লৈবাকশিংনা নম্ফু-হাফুদা লৌশীল্লগা *লো ওফ দ লেন্দ* চৎনহন্দনা নমথদুনা থম্বীরিবা, মীওৎ-মীনৈ চথরিবা, লায়রবগী চাং হেনগৎলকপা, চাফম-তুম্ফম খঙদনা লৈরিবা খিবিক অসিসু ধর্মনা উরিবরা নৎত্রেগা উরগা উপায় লৈতদুনা ফল্লাংদা ঙাদুনা লেপ্লিবরা ? সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিনা খোঙবী মরায় কাঙদুনা চৎপা হেনগৎলকপদা হরাওনীংঙাই লৈরবসু ইন্দষ্ট্রিয়েল রিভোলুসনদা অঙকপা ফংনা পোল্যুসন তৌরক্লিবা,থৱায় পীরিবা মালেমগী রিসোর্ছশিংদা পোল্ল্যুসন তৌদুনা মালেমগী পুন্সি ককশীল্লিবা, কোল্ড ৱার লোইখ্রবসু কেপিটেলিষ্ট-কম্যুনিষ্ট গ্লোবেল কনফ্লিক্ট, গ্লোবেলাইজেসনগী মিংদা অমেরিকানাইজেসন, কলচরেল ইম্পরেলিজম্না থিংবীনবা লৈতনা শরাক তল্লিবা, অপীকপা লৈবাকশিংদা চথরিবা নম্ফু-হাফু, নিয়ুক্লিয়ার হোলোকোষ্টকী অকিবা পীরক্লিবা, এল পি জি (লিবরেলাইজেসন, প্রাইবেতাইজেসন,গ্লোবেলাইজেসন)গী মিংদা কম্যুনিষ্ট সোসাইতি পাক্তক্লনা শেম্নরক্লি। পূম্নমক অসিনা২০ শুবা চহীচা মমাঙ ফাওবদি ধর্মদা ৱাহং হংলমদ্রবসু ২১ শুবা চহীচা চঙলকপদদি ধর্মনা পাউখুম পীদবা য়াররোইদবা মওংদা মায়কৈ কয়াদগী খোঞ্জেল য়াক্লা ৱাহং কয়া হংলক্লি।

মালেমগী খুনাই অসিনা লিবরেল সেক্যুলর ওইবা হেনগৎনরকপদগী ধর্মগী মপাঙ্গল হন্থরকপা, কম্যুনিজমগী কল্লবা শাফু হন্থহন্নবা হোৎনবদা গ্লোবেলাইজেসন্না চংশীনবা ঙমদবা মফম লৈরক্তবা খিবিক অসিনা ধর্মনা ধর্মবু ধর্মগীদমক শোক্লরিবা উপদ্রব (ফেনোমেনন) ওইরি। লানফমদি অমেরিকা-রুসিয়াগী ৱাংমদা মালেমগী মচি মতাইদা কম্যুনিজম ভর্সের্স গ্লেবেলাইজেসনগী লানফম শোক্লরবসু চৈথেংদি ধর্মদনা হেন্না শাথীনা ফংলি। মদুগী মরমদি কম্যুনিজম, কেপিতেলিজম অমসুং গ্লোবেলাইজেসন অসিমক সেক্যুলর ফেনোমেনন গী ধর্ম ঙাক্তনি। মসিমক অনৌবা মিলেনিয়ম অসিগী মনুংদা থোরক্লিবা ধর্মগী অশেঙবা মশক অমনি। ঙসিগী অনীশুবা একজায়েল পেরোদকী কন্সায়সনেস অমনি। মীওইবগী পুন্সিদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশক অসিগী অশেঙবা মশকপু থিবা তারকপগী প্রেব্লেম অমনা অনৌবা ধর্মগী ফেনোমেনন অসিগা লোয়ননা লাকখিবনি। হায়রিবা ফেনোমেনন অসিনা

অওনবা অহোংবা/রিভোলুসন, মিথ, লাইমীং লৌবগী থবক অমসুং অফবনি, ফত্তবনি হায়বা মীওইশিং খন্দোক-খঞ্জিন তৌবগী মওংদি ময়েক লানা চখরি।

থায়নগী ঙমখৈ লৈতবা মওংগী থাজনবদা য়ুম্ফম ওইরগা লিংখৎখিবা ধর্মশিং অসিগী মরিদা ঙসিদি ধর্মবু post modernism গী ব্রাখল্লোন ওইহল্লকপা, থায়নগী লাই-তীনগী থাজবদা য়ুম্ফম ওইরগা লিংখৎখিবা ধর্মশিং অসিনা সাইন্টিফিক ওইবা মতমগী ব্রাফমশিংবু কোনশিনবা ঙম্নক্তবদগী ব্রাথোক ওইহল্লকপা অসিনা মরম ওইদুনা ধর্ম লৈত্রে, শিখ্রে; ধর্মবু খুদোল তৌরম্বা ঈশ্বর শিখ্রে হায়না Friedrich Neitze না হায়খিবদু নীংশিংবা য়াই। কার্ল মাক্সনা, *"ধর্ম হায়বসি ওৎপী নৈবিরবা থব্রায় পানবশিংগী অশোক-অপনগী খুদম্নি অমসুং মীয়ামগী কানিনি"* হায়খিবদগী থায়নগী ধর্মশিং মমি শাম্বা হেনখি। Freud নদি মীওইবনা ধর্মদগী মনীং তম্নবা মতমদুদা মখোয়না চাংচৎ অমদা ঈঙনা অমসুং পূক্লিং হকচাং ফহন্নিংঙাই ওইবা ফীভম অমদা পুন্সি লেনবগী খুদোংচাবা হেন্না ফংঙি হায়রি। Darwin গী *Natural Selection Theory* দা ইভোলুসনিষ্ট অমসুং ক্রিএসনিষ্ট অনীগী মূক্লবা মখা চখহৌরবসু ধর্মগী পাউতাক্তা অপান্ননা শীঙনবনি হায়না লৌনরকপা লৈখি। Freud না ধর্মবু মচেৎ-মচেৎ থোকনা থুগাইরগা য়েংলম্মি। Emmerson নদি তাইবং মপুনা মীওইবা খুদিংমকপু লন্নাই ওইনা শাই হায়রম্মি।

মথক্কী ব্রাখল্লোনশিং অসিনা মতমগী চাংয়েংদা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙল্লি অমসুং ধর্মগী নাকন্দা তিংখং ওইনা খাঙদুনা লৈরক্লি। তৌবদবু মসিনা সাইন্স অমসুং ধর্ম অনিগী মরক্তা অচৌবা লৈই অমদি চিংলি। সাইন্সনা ধর্মগী কান্নবদু মাঙহন্নবা হোৎনৈ হায়না ধর্মগী কাঙলুপ মরক্তা অয়াম্বনা হায়রি। অখণ্ড-অহৈ খরগী মোত্তদি ধর্ম অমসুং সাইন্সনা মীওইবগী বিলিফ সিস্টেমগী তরং-তরংবা শক্লোনশিংগা লোয়ননা পূন্না হিংমিন্নবা য়াই হায়। মপুগী তাইবং অমসুং য়াথংবু সাইন্সনা শবাক-ফাক্লা উখোক্লিবা অসিদা ফেথ (faith) কি মীওইশিংনা ইকায়খুম্নবিবা চুম্মি অসিনি। অদুগা লাইগী ওইবা গুণশিংবু সাইন্সনা শবাক-ফাক্লা উখোরকই অমসুং মপুনা তাইবংপানবা অসি হিংহল্লিবা অমসুং মপু মাগী হোংবা লৈত্রবা মহৌশাগী খুৎশেম্বু সাইন্সনা মমুৎ তানা খোঙ্গুল লীবা ঙম্মি হায়বা Chaffey গী ব্রাফম অসিদা Airhart না য়ানীংদবা ফোঙদোকই। *"মীওইবগী পুন্সিদা সাইন্স অমসুং ধর্মবু পূন্না শীজিন্নবা য়ারবসু, সাইন্সনা ২০ শুবা চহীচাবু লাকশীন্দুনা থমখ্রে অমসুং মালেমগী ওইবা ধর্মগী ব্রাহম্ভোকশিংবু য়াম্না অকায়বা পীখ্রে,"* হায়না সাইন্সকী থৌওংদা য়ানীংদবা উৎলি। অদুনা লাক্লিবা ব্রাহংদি, Spirituality movement দা Science না কদায় ফাওবা মপু ওইনা কোনশিনবা ঙল্লিবগে হায়বসিনি। ধর্মগী

লুচিংবশিংনা Spirituality movement অমসুং Revolution চত্থরমদ্রবদি মালেম অসি অসুম্না লৈরম্লোই অমসুং ২১শুবা চহীচাগী খুদা ফংলম্লোই হায়বসিদি লাল্লরোই।

বুদ্ধ, জিষু, প্রোফেট মোহম্মদ, ইজরেলগী প্রোফেটশিং অসিনচিংবা লুচিংবশিং অসি রিভোলুস্নরি ওইনা লৌনরম্লিবনি। মতমদুদা মখোয়না থায়নগী ধর্মগী পাউতাকশিংগী মায়োক্তা লৈবা মীওইশিং ওইখিবনি। থায়নগী ৱাখল মীৎয়েং অদু থাদোক্লো হায়না মখোয়গী তুং ইনবশিংদা হায়খিবনি অমসুং তাইবং মপুগী মরমদা লৈরম্বা ৱাখল্লোনশিং পূম্বা পূম্নৌ-নৌথোক্লবা হোৎনরম্বা ঙাক্তেনি। অদুবু মতমদুগী রিভোলুস্নরি লিদর অয়াম্বগী ৱাখল,মীৎয়েং অদু চহী লিশিং অনিগী মতুংদদি ময়াক চমথরকখিবা, শাফু ৱাৎলকপা, চননফম লৈরক্তবগুম তৌরকপা অসি ময়েক শেংলক্লি। থোইদোক্লা অমুক হেন্না ময়েক শেংলিবদি হূরান-চিন্থি, মীহাৎ-মীপুনগী থৌদোকশিং কা-হেন্না কনবা, লৈবাক্কি ৱাথোক-লাম্থোক চাউরকপা, পূকচেল শেংবা ৱাৎপা, শেঙ্গা-থুমজানা হারবা খুনাই অদুগী/লৈবাক অদুগী National Religion গী concept কা লোয়ননা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোক অমদি লমদমদুগী ধর্মনা শাগৎখিবা সিবিলাইজেসনগী শক্লোন্নি। মসিমক ধর্মগী মিংশেল অদু ফাউনা মুন্না য়েংশিন্দবা য়াদ্রবা শক্লোন অমনি, অথুপ্পা মীৎয়েং চিংশিন্দবা য়াদ্রবনি।

মালেমগী য়াইফনবগী দায়ত্ব চাওনা লৌখিবা ধর্মশিং অসিনা তৌফম থোকপা তৌবা ঙম্লকখিদবনা ঙসিদি neuclear holocaust অমসুং ecological pollution না ঐখোয়গী প্লানেত অসিদা লৈবা থৱায়শিংবু য়াম্না কন্না শীঙনরক্লে। মালেমগী মীশিং তঙ্খায় অমা হেন্না শেল-থুমগী,খুনাইগী অমদি লৈঙাক-সাসনগী মীওৎ-মীনৈগী মখাদা অয়ো-নাহে পুরদুনা খাঙনরি। নোংচুপ এসিয়াদা রোসিষ্টকী খুরবা মীৎয়েংবু পোলিটিকেল ওস্থোক্তুনা নুপী অঙাং য়াওনা মীয়াম্বু ওৎ-নৈরি অমদি ইন্দিয়াগী অৱাং-নোংপোকপু ইন্দিয়া লৈঙাক্লা নমথদুনা থম্লগা হাৎনিংবা হাৎলি, মীওৎ-মীনৈ চত্থরি। মতম অসিদা মীওইবগী প্রোব্লেম হেন্না শাথীহল্লিবদি মী অয়াম্বনা মশুন্মাঙদি শীত্তনা মীশুন্মাঙ মোৎলি হায়না চৈরুবা অসিননি। অয়াম্বগী মিৎয়েংদা local, regional outlook ওইনরক্তবা, global solution খক্কি লাউ-খোংলদুনা মশাগী মীয়াম্না অওৎ-অনৈগী মৈচাক পুবদু খুমজিন্নবা হোৎনৈ অমদি মসিনা global problem ওইহন্নরকপা অসিনি। মীওইবা অপূম্বা পুৱারীগী মনুংদা মীওইবা জাতিবু শীঙনরকপদগী ঙসিগী তাঙ্কক অসিমক মীওইবদা খ্বাইদগী চাউবা শীঙনবা অমা ওইরি। মালেমগী মী পূম্নমক্লা পুৱারীগী মনুংদা থোকচরকপা অহোংবদু শীঙনবগা লোয়ননা ধর্ম খুদিংমক্লা খ্বাইদগী শাথীনা ওনবগী হোংবগী লম্বীদা লাক্লি। ঙসিগী হিদান্নরিবা ফীভম অসি অসুক্কী মতিক চাং

লাংঙ্খ্রে, মদুদি ঐখোয়গী প্লানেট অসিদা লৈরিবা থৱায় পানবশিংগী হিংবা-হিংদবগী ৱাহং হংনরকপা তাঙ্গা অদুমক ওইরি। চরাঙনবা অমদি মাঙ-তাকপা অসি নৎত্রগা, অনৌবা পূক্নিং লৌশিং পোক্লকপা অমসুং মায়কৈ হোংলকপা (new consciousness) গী তাঙ্গা অদুমক ওইরি। চহীচা কয়ামুক তুমখুন হুল্লুরবা কনাগুম্বা শক্তিশিংনা ঐখোয়গী মতমসিদা মতোল লোম্না চাওখৎলকপগী খোঙচত্তা লাক্লি। মদুনা মীওইবা জাতিবু global network অমা তম্না পুরি অমদি মালেমগী ধর্মশিং অসিবুনা মালেমগী ওইবা spiritual community অমরোমদা পুরি।

**ঙসিগী ২১শুবা চহীচাদা ধর্মগী শক্লোন**

| মশীং | ধর্ম | ধর্ম চৎলিবা মীশিং | অপূনবগী চাদা |
|---|---|---|---|
| ১ | খৃষ্টান | ২,০৬৯,৮৮৩,০০০ | ৩২.৪ |
| ২ | রোমান কেঠোলিক | ১,০৯২,৮৫৩,০০০ | ১৭.১ |
| ৩ | প্রোটেষ্টেন | ৩৬৪,৫৩০,০০০ | ৫.৭ |
| ৪ | ওর্ঠোদোক্স | ২১৭,০৩০,০০০ | ৩.৪ |
| ৫ | এঙ্গলিকান | ৭৯,৯৮৮,০০০ | ১.৩ |
| ৬ | মুসলিম | ১,২৫৪,২২২,০০০ | ১৯.৬ |
| ৭ | হীন্দু | ৮৩৭,২৬২,০০০ | ১৩.১ |
| ৮ | চিনাগী ফোক রিলিজনিষ্ট | ৩৯৮,১০৬,৩০০ | ৬.২ |
| ৯ | বুদ্ধিষ্ট | ৩৭২,৯৭৪,০০০ | ৫.৮ |
| ১০ | ইঠনিক রিলিজনিষ্ট | ২৩৮,০৯৬,০০০ | ৩.৭ |
| ১১ | ন্যু রিলিজনিষ্ট | ১০৫,১০৬,১০০ | ১.৬ |
| ১২. | সিখ | ২৪,২৯৫,২০০ | ০.৪ |
| ১৩ | জীযু | ১৪,৫৫১,০০০ | ০.২ |
| ১৪ | স্পিরিটিষ্ট | ১২,৭৩২,৬০০ | ০.২ |
| ১৫ | বহায় | ৭,৫০৩,০০০ | ০.১ |
| ১৬ | কনফুসিয়ান | ৬,৪২৫,৩০০ | ০.১ |
| ১৭ | জৈন | ৪,৪১৩,৭০০ | ০.০৬ |
| ১৮ | সিনটোইষ্ট | ২,৬৮০,৩০০ | ০.০৪ |
| ১৯ | জোবোষ্ট্রিয়ান | ২,৭৩৩,৯০০ | ০.০৪ |
| ২০ | অতোপ্পা ধর্ম চৎপা | ১,১১৮,০০০ | ০.০২ |
| ২১ | ধর্ম চত্তবা | ৭৮৪,২৬৯,০০০ | ১২.৩ |
| ২২ | লাই থাজদবা | ১৪৮,৬৬০,০০০ | ২.৩ |
|  | মালেমগী মীশিং | ৬,৩৯৬,৫০০,০০০ | ১০০ |

*Source : The Encyclopedia Britannica Almanac-2004.* ❑

# অনিশুবা পন্দুপ

## মণিপুর থুগায়নবা প্রোপেগন্দা

মণিপুরবু ইণ্ডিয়াগী ফিবান্নুংদা পুশিনবিখ্রবা মতুংদা মশাগী ঙমখৈবু ইখঙ খঙহৌদনা হেক্তা কায়হনবা য়াবগী ফীভমদা লাকখ্রে। মসিগী মরম কয়ামুক লৈরবসু, থোইদোকপা মরম অমদি, আইজাক মুইভাগী এনএসসিএন ফেক্সন্না এন্টি মণিপুরি কেম্পেইন অসি নেসনেল লিভেলদা য়াম্না কন্না চথরকপা মরম্ননি। মসিনা ইণ্ডিয়াগী অখঙ-অহৈশিংগী মরক্তা খরনা অরানবা পুৰারীদা য়ুম্ফম ওইবা ইনর্ফোমেসনশিং কোয়সন-শন্দোকপা অমসুং মদুনা মরী লৈনবা ওথোরিটিশিংদা কন্না ইথিল পীরকপা অসিননি। মখোয়না নেসনেল অমসুং মালেমগী থাক্তা শেল অমসুং মেন পৱার কয়ামুক থাদরি অমসুং মদুমক্তা মখোয়গী ডিপ্লোমেসি ওইদুনা ইণ্ডিয়াগী অখঙ অহৈনি অমদি, ওথোরিটিনি হায়দুনা লৈরিবা মীওইশিংবু মখোয়গী অরানবা ইনর্ফোমেসন্দা য়ুম্ফম ওইরগা শেরান তুরান ইহল্লিবা অমসুং থবক তৌহল্লিবা খিবিক অসিনা খুদম ওইনা তাক্লি।

হৌখিবা চহী ৪/৫ অসিগী মনুংদা মণিপুরগা মরী লৈননা নাগাগী হিষ্টরি ইবা মতমদা শেরান তুরানবা ইনফোর্মেসন্দা য়ুম্ফম ওইরগা ইরকপসি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। নেসনেল অমসুং রিজনেল পেপরশিংদা লান্না-লান্না ইনরকপদা নত্তনা লাইরিক ওইনা ইনরকপা কয়া অমা ফাওবা য়াওখ্রে। অমা অনিদং পল্লবদা ***'নাগা এক্সোদস-২০০১ (য়ুএনসিনা ইবা), 'নাগাজ রাইট টু সেল্ফ-ডিটরমিনেসন ঃ এন্থ্রোপোলোজিকেল-হিষ্টরিকেল পার্সপেক্তিব*** (আর বাসুম্না ইং ২০০০ দা ইরগা ন্যু দিল্লিগী মিওল পল্লিকেসন্না ফোঙবা) অমসুং নাগা ইর্ন্টনেসনেল সপ্পোর্ট সেন্টরনা ইং ২০০৪ আগষ্ট ২৩ দা পুথোকখিবা পেপর অসিনচিংবদা য়াওরিবা ইনফোর্মেসনশিং অসি য়াম্না চিহৈ নাইবা, শেরান তুরানবা অমদি শেমজিন শাজিনবনা নম্না য়াওরবা ঙাক্তনি। নহা ওইবশিংনা মসিবু পারুবদা খাঙবদা ৱারবা ৱাফমশিং ওইহল্লি। মসিমক্লা কম্যুনেল টেন্সন থোইদোক্লা ৱাংখৎহল্লে। ইণ্ডিয়াগুম্বা কোলোনিয়েল লিগেসি পুথরিবা লৈবাক্তদি মসিগুম্বা ফুরুপ মশেল উংখৎনহনবগী থবক অসি য়াম্না তোয়না উরিবা শক্লোন অমনি। মরু ওইনা অৱাং নোংপোক্কী শকমান্নদবা মঙ্গোলোইদ ফুরুপশিং উংখৎনহনবা হায়বসি কোলোনিয়েল লিগেসি পুথবা পামজরিবা মীওইশিংগীদি মতোল থোক্লিবনি। অমত্তং পল্লবদা, ডাক্তর আর বাসুম্না ইবা *'পোবর্টি ওফ নোলেজ এন্দ ইটস রামিফিকেসন্স ওন ইণ্ডিজেনস পিপলস'* হায়বা আর্টিকল অমা ন্যু দিল্লিদা ফোঙবা চয়োলগী চেফোঙ ***'মেনস্ট্রিম'*** গী জুলাই ৯ গী ইশুদা য়াওখিবসি পনবা য়াই। অইবা অসি ইন্দিরা গান্ধী ওপন য়ুনিভর্সিটি,

নিয়ু দিল্লিদা ওজা ওইবনি। মহাক্না ইবা আর্টিকল অসিদা শেরান তুরানবা ৱাফম কয়ামুক য়াওবদা নত্তনা কাঙলুপ মশেলগী মরক্তা টেন্সন ৱাংখৎহন্নবগী মচাক ফাওবা য়াওরে।

মহাক্কী ৱারেং অসিনা হায়রি ঃ মণিপুরগী ট্রাইবেলশিংগী মফমদদি মণিপুরি লোন অসি মীতোপ লোন্নি। মখোয়না লোন অসি কয়া মুন্না খঙদে। ট্রাইবেলশিংগী মনুংদা লল্লোন-ইতিক তৌবশিংনা অমদি তম্পাক্তা খুন্দামিন্নরিবা ট্রাইবেলশিংনা ৱাখল ফাওদোক্লবগী মওংদা য়াম্না ৱানা ঙাঙবা ঙম্মী অমসুং মদুগীদমক্তা মখোয়বু য়াম্না হন্থনা য়েংবগী মরমনি হায়রি। লাইরিক-লাইশু হৈরবা ট্রাইবেলশিং, তাংখুলশিং য়াওনা মণিপুরি লোন্দা ৱাখল ফাওদোক্লবদা অরুবা ওই অমসুং মীতৈলোন মচেৎ অমত্তা খঙদবশিংবু নাইতোম তাহল্লি হায়রি। ট্রাইবেল মশেল ঙাঙনবদা ইংলিস ঙাঙনৈ অমসুং চীংমী তম্মী অনীনা ঙাঙনবদা হিন্দি শীজিন্নৈ হায়রি। অদুগা বাইবল অসি হন্দোক্কুনা ইবা মতমদা মীতৈলোনগী মহুত্তা ট্রাইবেলশিংগী লোন্দা রোমান ময়েক্লা ইদুনা হন্দোকই হায়রি। অসুম্না ট্রাইবেলশিংনা মণিপুরি লোন অসি মখোয়দা নমহাদুনা করিগুম্বা মওং অমদা তমহনবা পামদে অদুবু মাইনোরিটি ওইরবা ট্রাইবেলশিংদা মণিপুরিশিংনা নমহাদুনা তৌহল্লি অসিনি। অসিগুম্বা নমহাবগী থৌদৌ অসিবু ট্রাইবেলশিংনা মীতৈ/মণিপুরি শোবিনিজমগী ***কলচরেল হিজেমনি*** ওইনা লৌই। মতৌ অসুম্না মণিপুরি লোন নমদুনা শীজিন্নহনবা অসিনা পান ট্রাইবেল ঈহৌ লাকহন্দুনা মণিপুরদা তোঙানবা হিল ষ্টেট শেম্নবগী মরুওইবা মরম ওইহল্লি হায়রি।

অদুগা চীংমী তম্মীগী মরী ফৎচীল্লক্তবা অসিনা তোঙান তোঙানবা ট্রাইবেলশিংগী মরক্তা য়ুনিটি শাগৎপদা অমসুং তম্মীবু য়েংথীনহনবদা অমসুং মশা মরোমদোম লেপনবগী ঈহৌ তৌরিবা নাগা ঈহৌদা নাকোইননা মতেং ওইহল্লে হায়বা অসিনি। মীতৈশিংনা চীংমী তম্মী অমত্তনি হায়বা খোল্লাউ লাউরবসু মহৌশাদগী হৌনা ট্রাইবেলশিংবু নমথবগী, তুহৎপগী শাজৎ অদুদি অদুম্মক চত্থরি। অদুগা জুন, ২০০১ গী নাগা লাঞ্জেন্নবা অদুনা তম্মীগী খোল্লাউ অসিগী অশেঙবা মশক্তু উৎথোক্লি হায়রি।

ফুরুপশিংগী মরীদা নৈরদুনা ***'মণিপুরি নাগা'*** হায়না শীজিন্নবসি লাল্লি হায়রি। মণিপুর নৎত্রগা মৈতৈ হায়বসিনা নাগা নৎত্রগা মণিপুরদা লৈরিবা ট্রাইবেলশিংগা য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নৈ হায়বসি নত্তনা করিসু মরী লৈনদে অসিনি। হান্নদগী হৌনা মখোয়না তোঙান তোঙানবা হৌরকফমদগী লাকপা ঙাক্লি। ঙসিগী লৈরিবা মণিপুর ষ্টেট অসিগী শরুক ১০ গী অমদা তম্পাক্কী লৈবাক কংলৈবাক ওইনা হান্নদগী হৌনা লৈরকপনি হায়রি।

নাগা-কুকিগী মরীদা নৈনরদুনা, কুকিশিংবু ইং ১৮৩০ গী মনুংদা নাগা তাবা চীংশিংদা বৃটিশনা খুন্দাহল্লম্বনি অমসুং বৃটিশকী মায়োক্তা হৌরম্বা নাগা ঈহৌ নমথনবা হোৎনবদা কুকিশিংবু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নরম্বনি হায়রি। নাগা খুল্লাকপশিংগী মফমদা চঙজফম লৌরম্বা কুকিশিংনা ১৯ অমসুং ২০ শুবা চহীচাদা নাগা খুনশিংদা তোয়না লান্দারকখি অমসুং নাগাশিংবু উপাই লৈজদ্রবা মীওইশিংগুম্না অৱা চৈথেং নংহনখি হায়রি। কুকি খুৎলায় পায়বশিংনা কুকি হোমলেন্দ তাল্লকপনা মরম ওইদুনা নাগাশিংবু

শাওহন্দুনা নাগা কুকি হাৎনরকখিবা অসিমক পুৱারীগা মরী লৈননা থোকহল্লকখিবা মহয়নি হায়রি। মসিনি, শম্লপ্পা আর বাসুমগী শেরান তুরানবা ইনর্ফোমেসন্না থল্লবা ৱারেং।

মহাক অসি নাগা ঈহৌগী মরীদা নৈনরকপা মীশক অমা ওইনা তৌরি। মহাক্কী রিফরেন্স লৌবা লাইরিকশিং অসি প্রো: নাওরেম সনাজাওবগী লাইরিকশিং য়াওনা মমিং চৎলবা বৃটিশ অইবশিংগী লাইরিকশিং ওইরবসু, ইথোরকপদদি চিহৈ নাইবা ঙাক্তা ওইনা তৌরি। মসিদা কিনিংঙাই ওইবদি, গ্রেস মার্ককা লোয়ননা চাওরকপশিংগী মনুংদা মণিপুরি এন্টাগোনিজমদা মকনথীনা মরল ফোয়দৎতুনা লানহৌ/ঈহৌ চৎথরিবা আইএমগী কেডর অমগুম্না চত্থরিবা অসিনি। আইএমগী কেম্পেইন অসিদা থৌদাং চাউনা লৌরিবা আর বাসুম্না শাফু লৈনা খূৎ থাফম মফম খঙলি। তৌবদবু অরানবা ইনর্ফোমেসনদা য়ুম্ফম ওইবদুনি। মদুদি মণিপুরি লোন্না ঙসি মপাঙ্গল লৈনা তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী শেম্মিৎলোন, মনাৎ, চাওখৎ-খোংথাঙদা লৌরিবা থৌদাং অসিবু পুমথু থুদেক্লবা হোৎনরকপসিনি। লোন অসিগী মপাঙ্গল কলহনবতনা তুংলমচৎকী অপুনবগী শক্তমগী য়াম্না মরুওইরবা পাম্বৈনি হায়বসি চুম্লবা ৱাফমনি। মপানগী অইবা কয়ানসু, বেঙ্গলি ময়েক্তা ইরিবা অথেঙবা মতমগী মণিপুরি লোন্না ফাওনলোন (লিঙ্গুৱা ফ্রনকা) ওইবগী চপ চাবা মগুণ লৈজে হায়রিবনি। হীরম অসিদা ইণ্ডিয়াগী ইন্টেলেকচুয়েলশিংনা খূৎ থারকপসি ঐখোয়না য়াম্না চেকশিনফম থোকই। ❑

# রমজানগী খুদোল

চহিচা ১৪ গী মমাঙদা আরব লৈঙোইলমদা মরু হুনখিবা ইস্লাম্না মালেম শীন্থুংনা মরা তাদুনা হৌখিবদগী মিলিয়ন ১১৫৫.১ (২০০১ দা ) অমসুং ইং ২০০৪দা মিলিয়ন ১২৫৪.২ য়ৌরে (লমায় ১২১দা য়েংবীয়ু)। খৃষ্টান অমসুং হিন্দুনা মিলিয়ন ১৯৭৪.২ অমদি মিলিয়ন ৭৯৯ য়ৌরক্লি। ১৯৯১ গী মতুংইন্না ইণ্ডিয়াদা মুস্লিম মীশিং মিলিয়ন ৯৫.২ য়ৌদুনা অপূনবা মীশিংগী চাদা ১১.৭ ওইখি। মণিপুরদা মুসলিম মশীং (১৯৯১ মতুংইন্না) ১৩৩,৫৩৫ য়ৌদুনা শাগৈ ৪৮ মুক্কী মিংদা খুঙ্গং মশিং ৮০ হেন্না শন্দোক্লি। ইং ২০০১গী মীকোক থীবদা মণিপুরদা ১,৯০,৯৩৯ য়ৌরে। মীতৈগুম্না মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট ৯ শীন্থুংনা খুন্দারি। অসুম্না ইসলাম্না লাপ্না লাকপগী মতীক লমদম লমদমগী লৈহাওগী মচুগা শাগোন্ননা চাউরক শাংলক্লি। মসিগী মরম্না ইসলাম্না মশাগী মখোঙদা লৈহাও চেলহনবা ঙমজবনি। প্রোফেট মুহম্মদগী মমাঙদা লৈরম্বসিং য়াওনা তাইবঙ মপুগী পাউজেল পুবা প্রোফেট খুদিংমকপু থাজনবা হোলিকুরান্না হায়রি। ইসলাম লীক্লমদা প্রোফেট মশিং ১,২৪০০০ শুই হায়রি। অদুবু কুরান্দা ২৫ খক পল্লি। মুহম্মদকী মমাঙদা

লৈরম্বা লাইনিং কয়াগী প্রোফেটশিংবু থাজবা ঙম্মী অমসুং মুহম্মদকী তাইবঙ শিম্থাগা লোয়ননা তাইবঙ মপুদি অমত্তনি হায়না থাজৈ। অদুমকপু ইসলাম ওন্দ্রিঙৈদা হান্না চংনরম্বা *থাজনবী* অদুদগী মশাবু লাপথোক্লবা হোৎনবগী মমি থোইদোক্লা তাদ্রিবা অসিমক্লা ইসলামগী ৱাখল্লোন অদুগী মায়োক্তা লৈবদি নত্তে। মরম অসিনা মণিপুরি ইসলাম্না য়েলহৌঙৈগী মহাও অদু য়োক্লুনা লাকই। মণিপুরগী তম্মী ওইনা চীংলৈবাক্কী পীল্লবা তম্পাকলম অসিদা মীতৈগী পুন্সি মরেলগুম্না মৈদিংঙু খাগেম্বা সনাহাক্তক অমসুং মমাঙদগী হৌনা লৈরকই।

মণিপুরি ইসলাম অসি পোক্লফম মমালৈবাক নুংশিজবগী মিৎয়েং অসিগীদমক মমিং চৎলি, মীয়াম্না শিংথানৈ। লমদমসিগী লৈহাওদা মরা তানা হৌহন্নবা হোৎনবগীদমক মণিপুরগী য়াইফ-খুদম ওইনা লৌনৈ। মসিবু মরা হেন্না চেৎহল্লিবদি, ইসলাম চৎপশিংনা মশাগী পোক্লফম লমদমদা শিবদি *জনট* ফংই হায়না হোলি কুরান্না হায়বসিনি। ৱাফম অসিমক্লা লৈবাক্কীদমক কৎথোকপদা মণিপুর পুৱারীদা শরুক হেন্না য়ারকপনি। করিগীদমক মণিপুরি মীয়াম্না সেক্যুলরিজম কেরেক্তরদা থোইদোক্লা থাজবনো হায়বগী মণিপুরি নেসনেল ফিলোজোফিদি মহাক্কী পুৱারী ঈচেল তমলকপদা অনৌবা ওইনা থোকত্রে। ইন্দিজেনস মণিপুরি মুসলিমশিংনা জাতিগী ঈচেলদা শাফু লৈনা শরুক য়ারকখিবা অসিনা তাকপদি, মখোয়গী কাঙলুপকী মপু ওইবগী থাক অদু পুৱারীগী অশেংবা অথুপ্পা ঈচেলনি হায়বসিনি। মদুগী চেনবা য়াদ্রবা খুদমদি, মণিপুরী খুনাইগী অনৌবা ঈচেলগী মায়ওলদা ইণ্ডিজেনস মুসলিমশিংবু ঙসিগী অনৌবা ঈচেলনা মরুওইনা লৌনরক্লিবা অসিনি। মসিমক্লা মীতৈ পাঙলশিংনা লীশাংশিংনা জাতিগী ঈচেল ফাৎপদা লৌরকখিবা থৌদাংশিংদু ঙসি নৌহৌননা ময়েক লাহল্লকপনি। ঙসিমক মালেমগী মুসলিম খুনাইগী শরুক অমা ওইনা চরা হেল্লি। ইন্দিজেনস মণিপুরি মুসলিম ওইনা ইসলামগী ৱাহন্থোক ঙাক্লা চথরি। মসিদা অতৈ ফুরুপ খুদিংমক্লা নীংশিংনফম থোকপদি, ইসলামগী অশেঙবা নিয়ম ঙাক্লা মীতৈ পাঙলশিংনা চথরিবমখৈ মুসলিম খুনাইগী লেমজনিংঙাই ওইবা মগুণ ঙাকপগা লোয়ননা সেক্যুলরিজম কেরেক্তরগী মফম হেন্না চাওরক্কনি অমসুং ইন্দিজেনস ওইবগী মশক শেংবা হেল্লক্লুনা লৈবাক্কী অপূনবা শক্তমদা চাওরবা থৌদাং লৌরক্কনি হায়বসিনি।

রোজাগী মরীদা ফুরুপশিং পুন্না খঙমিন্নদবা য়াদবা খরদং শমলপ্পা পল্লবদা, ইসলামিক কেলেন্দরগী মনুঙদা *রমজান থা* অসিমুক শেংবা লৈত্রে হায়বসিনি। মপুবু থাজবশিংদা রোজানা হেন্না চেৎশিলহন্নবা তাঞ্জা পীরি। মসিদি অফবা খুনাইলোন শাগৎফমনি অমসুং ইশানা ইশাবু শেংদোকচনবগী ফজরবা খোঙথাঙ অমনি। অশেঙবা মুসলিম অমনা ইনফম থোকপা থৌদাং মঙাগী মনুংদা অমনি হায়বসিনি। অতৈ মরি অদুদি, মপু অমখক লৈ হায়না থাজবা ঃ *তৌহিদ,* নোংমদা মঙারক লাইশোন তৌদুনা খুরুম্বা ঃ *সলাট,* পীনহৈবা ঃ *জাকাট,* মকাদা লাই খুরুম্বা চৎপা ঃ *হর্জ* অসিনি।

রমজান থাজৎ লাকপদা থা অসি হেক উবা নুমিত্তগী নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা চরা হেনবা অসিবু *রোজা* হায়না খঙনরি। নোংঙান্দ্রিঙৈদা *সাহরি* হায়বা চাক্লেন চারি। মসি নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈ পুং ১ মিনিট ২০ মমাঙদা চাবা চাকনি। চরাহেনবা লোইশিনবা অসিবুনা *ইফটার* কৌরি। নুমিৎ তাম্লবা মতুং মিনিট ২/৩ লৈরগা চীনদম্লে। অসিগুম্না চাবা থকপা অসিনা মথংগী *সাহরি* মতম যৌদ্রিফাওবা চংথনৈ। মতৌ অসুম্না, থা অমা চুপ্পা চৎথরিবা রোজাগী পান্দমদি, ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশক ওইজনবগীদমক পুন্সিগী লীচৎ অমসুং থবক থৌওংবু ছাচাদা হৈবগুম্না নীংথিনা শাগৎনবনি। চানিং থক্লিংবগী খৌরাংববু নমহন্তুনা মশানা পামলিবা ৱাখল্লোন অদু মরা চেৎশিন্নবা অমসুং মহাক্কী পুক্লিংগী ফিভমবু খ্বাইদগী ফজরবা মশক ওইহন্নবা থৌওংনি। অতোপ্পা মীওইশিংনা খল্লিবা ৱাখল্লোনগা ওন্ন- তৈননা খল্লুবদগী নৎত্রগা, খেৎননা খল্লুবদগী লম হেল্লকপা মশাগী ৱাখলবু লাকশিন্দুনা থম্লবনি। মশাবু মশানা শেংদোকচনবা থা অমা চুপ্পা চংথবা অসি মপুং হেক ফাবগা মদুনা পীরকখিবা মমি অদুনা চহি অমগী লেমহৌরিবা থা ১১ চুপ্পা চৎনৈ হায়না লৌরি। মসিগী মতুংদা থৌওং অসি চহি অনৌবনা লাকপগা লোয়ননা অমুক নৌনা হৌই।

চবা হেনবনা কান্নহল্লিবা ৱাহন্থোকশিং অমসুং মসিনা তৌফম থোকপা পুন্সিগী থৌদাংশিং অসি পাঙথোক্লবা থৌওংদা মরা চেৎশিনহনবগী মরুওইবশিং অদু অমুক নৌহৌনা পল্লুদ্রবসু য়ারগনি খল্লি। হিন্দুনচিংবা অতৈ লাইনিংগী লীক্লমদসু মসিগী কান্নবা কয়া লৌনরি। তৌবদবু ইসলামগীদি থা অমা চুপ্পা পাঙথোক্লুনা চহি অমগী থাজৎ খুদিংমক খুৎকোয় থুংনা য়ৌশিন্দুনা মীওইবনা হিংলিবা চহি মশিংগা রমজান থাগা মশিং চান্নহনবা অথুপ্পা মখল অমনি। চরা হেন্না হেন্না নোংমদা মঙারক লাইশোন শোন্দুনা মপুবু খুরুম্বনি। অদুবু করিগুম্বা মফম মতমদা মপান্থোংগী হকচাংগী ওইনা চরা হেল্লগা মসিগী নুংগী ওইবা ফজবা অশেংবা মশক্তু নাথৈখিবা য়াবা মওংদা চৎথবা মানবা য়াওদবসু নত্তে। বাবুপরানচিংবা ইম্ফাল সহরগী মফম খরদা পোলিটিকেল লুচিংবশিংনা শৌগত্তুনা চংথরিবা *ইফতার পার্টিগী* থৌওংশিংদা মপান্থোংগী ওইবা থৌওংশিং থেংনরি। মসিগা লোয়ননা , খুনাইগী মকওইবা ৱাফম কয়া মায়পাক্লা পাঙথোক্লবগী আশা তৌরিবশিং অসি রমজান মনুংদা চংথবা উরি। লাইরবশিংদা দান তৌবা অমদি, য়ুমলোন কৈরোন্নবগী ফজরবা ৱাখল্লোন পীনরিবা অসিদি য়াম্লা মরুওইবা খুনাইরোলনি। পুক্লিং, হকচাং অমসুং ৱাখলবু চরা হেনবগী খুথাংদা শেংদোকপগী মতেং পাংলিবা থৌওং অসিদা নত্তনা ইসলাম খুনাইগী লায়র-ইনাকখুনবা মীয়াম পুম্নমকপু নকশিন্ননা পুনশিন্নহল্লিবা অসি খুনাইরোলগী ফজরবা খুদোলনি। রোজানা লম্বী ফাংনা চৎলিবা পম্বুং অনীমক অসি ফংবা মতমদা পুন্সি অসিমক মহৈ য়ানবা তাবনি। অদুগা চরা হেনবা মতম অসিমক্তদা চরাহেনবগী খুথাংদা পুক্লিং ৱাখল শেংদোক্লবা হোৎনবগী ইসলামগী কনসেপ্ট অসিগী মনুঙদা পোলিটিকেল লিডরশিং য়াওনা চঙশিনবা অসিনা লৈঙাক্লোনগী ফজবা মমি তাফম থোকই। সোসিয়েল সাইন্সকী শরুক মচা অমা ওইরিবা পোলিটিকেল সিষ্টেম অমসুং থৌওংদা একাউন্টেবল, ট্রান্সপরেন্ট হেন্না ওইরক্কনি।

মতাঙসিদা সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট এম আসলম্মা হায়খিবদু পনবা য়াই, "অশেঙবা মুসলিম অমগী মশাগী মরল অদুবু শেল অমসুং লনথুম ওইনা চহি খুদিংগী তুঙশিল্লগা অমসুং চাদা মঙা *জাকট* ওইনা তোঙান্না হিসাব তৌরগা মদুবু উপায় লৈজদ্রবা লায়রবশিংদা দান তৌথোকই। মদুগীদমক মহাক্কী মরল মথুম অদুবু মপুনা ঙাকশেমবী হায়না থাজনৈ। থা অসিগী মনুঙদা কনাগুম্বনা লুপা খরদং দান তৌবা ঙমলবদি, মহাক্না শেনফম অদুদগী শরুক ৭০ হেন্না মপু ওইদুনা য়াইফ নুংঙাইবা *সৱাব* ফংগনি হায়নসু থাজনৈ। থৌওং অসিনা খুনাইগী অচুম্বা ৱাখল্লোন পুরকপা ঙমহনগদবা অঙকপগী মশক ওইরবা স্কিম অমনি হায়বা য়াই।" অদুগা য়ুমলোন কৈরোন্ননিংবগী, অরৈ-লৈত পাংনবগী ৱাখল্লোন অসিবু থোইদোক্না মরু ওইহনবসি ইসলাম খুনাইদা উবা ফংই। হীরমসিদা প্রোফেট মুহম্মদনা হায়খিবদু ইসলাম সোসিয়োলোজিগী অথুপ্পা ওইরি, *"মী খুদিংমক্না মীওইবা পুন্নমক্না ইকায়খুম্ননা লোয়নগদবনি অমসুং মখোয়শিং অদুগী মরক্তা নঙগী য়ুমলোন্নবা অদুনি।"* মসিমক সোসিয়েল সিষ্টেম চুমহনবগী থৌওংনি। ৱাফম অসিমক রোজাগী কনসেপ্ট চুম্না চত্থরবদি, অশেঙবা মুসলিম অমনা কনাগুম্বা মবুক লাম্বা মীশক অমত্তা উবা ফংলোই হায়বসিমক রোজাগী ৱাহন্থোক ওইবা তারকই। করিগুম্বদা ইফটার অদু কনাগুম্বগীদমক কখোকপগা লোয়ননা মথংগী নুমিৎকী চরাহেনবা হৌরবদি, মুসলিম অমনা য়ুমলোন কৈরোন্নবগী অমসুং মীওইবগী অৱা অনা উবা ফংলোই হায়বসিনি। ৱাখল্লোন অসিনা অহানবদা য়ুমলোন কৈরোন্নবদা পানশিন্দুনা চত্থমিন্নবগা লোয়ননা মথংদা মীওইবা খুনাইদা পানশিনবা তারকপদা ইসলামগী ৱাহন্থোক মপুং ফারকই। অদুমকপু ইসলাম খুনাইদা লায়র-ইনাকখুনবগী পল্লোন ৱাংনা খাগৎলিবা, খেৎনবা ময়েক লারক্লিবা অসিনা তাকপদি, ঐখোয়গী অকোয়বদা উরিবা ইসলাম অসি অশেঙবা ইসলাম নৎত্রবরা অসিনি।

ঙসিমক মালেমগী লৈবাকশিংনা উংখৎনরিবা কয়া অসি ইসলামগী থৌওংনা হনথহন্নবগী ফজরবা তাঞ্জা লৌবা ঙম্মি অমদি, রোজাগী থুপ্লবা নুংগী ৱাহন্থোক অদু মপুং ফানা পাঙথোক্তুনা ইশানা ইশাবু শেংদোকচবগী মরুওইবা অদু খুদোনবীনা থিন্দুনা তাক্লবগী ফজরবা তাঞ্জানি। নিয়ম চুম্না চরা হেনবনা অচুম্বা চৎপগী হৈনবী অদু মরা তানা চেৎশিলহল্লি হায়বসিমক ঙসিগী মালেমগী তাঙলবা হী-য়াইগুম্বনি। ঐখোয়না অচুম্বা ঙাঙলবদি, নাওয়োক-নাওকোন ফৰগী ৱাখললোন লৈরবদি অমসুং য়ুমলোন কৈরোন্ননিংবগী অমদি পীনহৈবগী গুন চেল্লবদি অশেংবা *ইনসান* ওইবগুম্না মপুগী য়াইফ থৌজাল ফংদুনা ঙসিগী মায়কৈ খুদিংদা অৱা চৈথেং নংলিবা পুন্সি লম্বীদা ঙাকপি-শেনবিনবা নিজরিবা তাইবঙ মপুগী য়াইফ-থৌজালগী মনা অদু ফংজবা ঙমগদৌরিবনি। ❑

# মীওৎ মীনৈগী মায়োক্তা লেপ্পা ঈহৌ

ভারতকী ফীবান্দা মণিপুরনা চঙখিবদগী হৌরগা অফবগী খুদমশিং মাঙথরকপগুম পুৱারী তাঙ্কক অমা ইবা হৌরকখ্রে।ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা খুনায়গী কয়াৎশিং অদু থুগায়রগা মীগী লোনগৈদা তাংজরগা মীগীদমক হিংবিবা খুৎনেক্কী পুন্সিরোলনা মমাং ফিদা কনবদু, য়েলহৌঙৈগী মরোমদোম লেপচদুনা লাকখিবা পুন্সিরোলনা লূ-তোংদা তিনখ্রবা জাতি অসিগী খকপা নাইদ্রবা ঈচেলনা মৌখৎহনখি। তাঙ্ককসিদগী হৌরগা মরৈবাক মজাতিগী ঈচেলনা জাতিগী থমোয়নুংদা শেৎন-খাইনবা হৌখ্রবনি। অদুগুম্বা, নুং-পান তুনা চেন্থমিন্নবা ঈচেলদুদি মীওৎ মীনৈনা কাঙদোং ফারবা মতমদা ঈহৌরকপনি। অসুম্না য়াওল ঈহৌনা মীওৎ মীনৈগা থংমু নাওমু ওইনা নাওরোন তারকখি।

লাইবক লেপকদবা নুমিত্তু ইং ১৯৮৭ জুলাই ১১নি। সেনাপটি ডিষ্ট্রিক্কী মণিপুরি নাগা তাবা ওইনামদা আসাম রাইফলসকী মেজর জেনরেল কুক্রেটিনা *'ওপরেশন ব্লু বার্ড'* তৌদুনা ষ্টেট টেরোরিজমগী শারমচৎ চথখি। খুল মৈ থাখী, নাগা মীচম কয়া হাৎখি, হিংনা হিংনা ঙকশম য়ৌনা ফুমজিনখি মীয়াম মাংদা অঙাং উনহনখি, মীয়ামবু হিংচা য়াইতম্না ওৎ-নৈবিখি। মতমদুগী চীফ মিনিষ্টর মফমদুদা চঙহনখিদে। অসুক তমথিবা নুমিৎসি ২শুবা লাঞ্জাও মতুংদগী মালেমসিদা থোকখিদ্রি। ওৎপীরবা নাগাশিংগী খাংঙমদবা চৈনাখোলনা মণিপুরী মীয়ামদা পীরকপা খোইরাঙ খোযশাওনবদু অৱাবগী মশক্নি। তম্পাক্কী লুচিংবশিংনা চোংথোরকপদু অকক্লবা লম্বী লমখৈ অমদা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট ১৯৫৮না থৈদোকখি।

নুমিৎ অসিবু নীংশিংদুনা ইং ১৯৯০দগী হৌনা 'মীওৎ মীনৈগী মায়োক্তা লেপ্পা নুমিৎ' হায়না পাঙথোরকই। জেএন মণিপুর দান্স একাদেমিদা কোহরনা শিন্দুনা ডা: এল পরদেশী অমসুং ডা: নাওরেম সনাজাওবানা মথংশিংনা প্রসিদেন্ট অমসুং চীফ গেষ্ট ওইদুনা জুলাই ১১দা পাঙথোকখি। মীওৎ মীনৈগী চহি অমগী লিষ্ট পুথোকখি। ক্বাকৈথেলদা মণিপুর পুলিসনা মী ৫ কাপ্পুনা হাৎখিবা (আগষ্ট ২০), লাম্মীনা বোয়াই ফারগা মাঙহনখিবা (সেপ্টে: ২৪), রাজপুটনা রাইফলসনা অন্দ্রোগী অঙাংশিংদা অকাম্বা লীচৎ চথখিবা (জুলাই ২২), খোইজুমানদা লাম্মীনা নুপী মরক্তা বোল লংশিন্দুনা নুপী ১০ শোকহনখিবা (মার্চ ১১), নিংথৌখোং মৈরাপায়বীদা রাষ্ট্রিয় রাইফলসনা হুই থৌজিন্দুনা চীকহনখিবা (এপ্রি: ১৭), পুখাও অহল্লুপ্তা লৈশাবী অনি সিআরপিএফনা ফারগা কষ্টদিদা তমথিনা ফুবিখিবা (জানু: ১০), কাইরংবিখোক্কী য়ুম্লক্তা আর্মিনা বোক

পোকখাইহনখিবা (ফে: ২৪), মোংশাঙ্গদা পঞ্জাব রেজিমেন্টনা সন ক্লবকি শান্নরোই নুপীমচাশিংবু তমথিনা ফুবিখিবা অসিনা হন্দক্কি মরু ওইবনি।

ডা: নাওরেম সনাজাওবানা থৌরমদুনা থমখিবা খরদু পনবা য়াই। লালহৌবশিংবু ফারগা ওৎ লৈবা, হাৎপসি য়াদে হায়না ইং ১৯৬১দা জেনেভা কনভেনসন এক্টনা থিংখিবসি পল্লদুনা হায়খি। ২শুবা লাঞ্জাওদা লিংখিবা ৱার ক্রাইমনা মরাল লৈবা মীওই খুদিংমক চৈরাক ফংহনবা য়াই। ইং ১৯৯৮দা ইন্টর্নেসনেল ক্রিমিনেল কোর্ট ট্রিটিদা যু এস অমদি ভারতনা খুৎয়েক পীদ্রিবসি নেসনেল পোলিটিকেল পার্টিশিংনা তকশিনফম থোকই। ভারতকী আইনদা থাজে হায়রিবা পোল: পার্টিগিংনা তকশিন্দুনা মরাল লৈবশিং ফানবা করিগী হোৎনদ্রিবনো হায়না প্রেফেসার সনাজাওবনা থমোয় শোক্লা মীয়ামদা হংখি। অরানবা তৌরিবশিংগী মহুত্তা অরানবা কুপশিনল্লিবশিং অদুনা হেন্না মরাল লৈফম থোকই! খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা মখোয় অসি লেপ্তুনা উংলিবা পুৱারীগী কাংখোঙনা তকপদা মখোয়সি শিবা নাইদে, হেন্নদুম চেৎশিল্লি। মখোয়গী রাজনীতিনা নোং তাদবা মতমদা লায়রবা মীয়ামগী ছাটিন খন্দোকপীদুনা লৈবাক নীঙবা শারকই। লায়রবা মীয়ামগী চাকথুং অদু মহাজনগী মখুত্তা হেক হেক শিন্নৈ হায়রি।

ঙসি লমদমসিদা অৱাবা তারবশিংনা পায়জগদবা খুৎলাই অদু নুংঙাই য়াইফবিবা খুনায়গী মচিন তোঙলিবা সরকারগী তলব চাবশিংনা পায়শিন্দুনা লৈরি। মসি ডিমোক্রেসিবু লান্না শীজিন্নবা অমনি। লায়রবা মীয়াম অৱাবদা তারবশিংনা অরোইবা উপায় ওইনা পায়খৎচগদবা খুৎলায়গী মশক ওইবা বন্দ, ষ্ট্রাইকপু নুংঙাই য়াইফরিবশিংনা ওন্ন-তৈননা পায়খৎলিবা নত্রগা, মশাগী থবক শুজগে হায়বদা থিংলিবা মীওইবগী হক মৎপা অসিবু থমোয় শোক্লা নিন্দা তৌরদুনা ডা: এন সনাজাওবনা ষ্টেটকি থাক্তদা নত্তনা অৱাংবা থাকতা লৌখৎনবা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনখি।

মণিপুরদা মরোমদোম লেপচবগী মরমদা যু:এন: হ্যুমেন রাইটস কম্মিসন্না ইং ১৯৯৭তা ভারতপু পাওতাক পীরকখিবা লৈখ্রে। মসিগী মতুংইন্না নেসনেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিসন্না ভারত মীয়ামগী মায়োক্তা শীজিন্নরিবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট অসি শেমদোকউ হায়না তকশিনখি। চহি ২০০০ হেন্না ইদোম হিংবা ঙল্লগা ইং ১৯৪৯ মতুংদগীদি নেসনেল হায়ৱে ৩৯ অমদি ৫৩ নুমিৎ নিনি থিংবদা মরোমদোম লেপ্পা ঙল্লোইদবগী মতৌ উৎলকপসি জাতি অসিগী লাইবক থীবা হীরমনি। নপচ-তাংজবগী মহিক্লা খুন্নায়গী লু তোং পুম্বা চাথোকখিবনা ঙসিদি মরোমদোম লেপচবগী যুম্ফমদা অকিবা পীরক্লি। জাতি অসিগী যুম্ফম থোনবদা চঙবা রাজনীতিগী দাবী অদু মাঙখিবদা নত্তনা শেম্ফুমগী দাবী অসিবুসু মাঙহনবা ঙম্লে। অসুমনা, মখল অমা নত্রগা অমগী

লোই চনবগী পোলিটিকেল ইকনোমিনা মণিপুর মীয়ামগী খুনাই, রাজনীটি অমদি শেম্মীৎ চাওখৎপদা অপম্বা পীরি অমসুং ঐখোয়বু শেম্নুমগী হীরমদা নীঙতম্বা ফংহন্দ্রি। ভারতনা চথরিবা ফ্রেমব্রার্ক অসিদা ব্রাংখৎনা য়েংবা তারবদি মরোমদোক লেপ্পা ঙম্লবা করম্বা পোলিটিকেল ইকনোমি অমা শেমগৎকদগে হায়বসিনি। ঐখোয়বু হিংহনবদা অমদি চাওখৎহনবদা মনুং অমসুং মপান্দগী নমথরিবা শক্তিশিংগী মায়োক্তা ঐখোয়না শীঙনবা তাবনি। শেনমিৎলোন্দা অমসুং রাজনীতিদা লোয় চনশিল্লকপা অসিনা মণিপুরগী পোলিটিকেল ইকনোমিবু চুমথোকপা ব্রারগদবা ফিভম অমদা শোকচিনহন্দুনা ইশাগী পোত্থোক পুথোকপা ঙম্বগী শক্তিবু মরায় চায়থহল্লিবা, মুক্লরিবা লেম্ফু অসি মরু ফংনা কোত্থোকপা তঙাইফদে হায়বসিনি।

অসুম্না শেলথুম অমসুং রাজনীতিগী মুক্লরিবা মরোঙ অদু কোত্থোকপদসু মীপুম খুদিং শরুক য়াহনবা তঙাইফদে। হায়রিবা কায়াৎ অসিনা উচল শেমদুনা লৈবাক্কী অচৌবা মরু ওইবা ব্রারেপ লৌগদবনি। মীপুম তিংনা ব্রারেপ লৌবা অসিদা শরুক য়ারি অমদি মদুগী দায়ত্ব পুদুনা চৎলি হায়বগী মপুংফাবা ব্রাহম্থোক লৈহনগদবনি। অসুম্না মকোক্তগী মতোন ফাওবা তৎন-থান য়াদনা শম্মরক্লবা মতমদা লৈবাক্কী লুচিংবা অশেংবা থোবক্কনি। তশেংনা হায়রবদি, লৈবাক্কী লুচিংবা খনবা হায়বসি খম থেংনা নেমথম্ব্রবা থাক্তা তুংলিবা ঈশিং নুংশিৎতগী পোকপা মীওইশিংবু য়োকখৎলগা শেমগৎকদবনি। তুহৎপীরবা অব্রাবা তারবশিংনা খাঙলিবা অব্রা চৈনা অসি মীনুংশি লৈবা কালাকার নত্রগা কবিগী পুক্লিংনা লাকশিনবা কল্পনাগা কৈদৌনুংদা চান্নরোই। হিংবা হায়বসি থবক্তুনি, মদুগীদমক ভাবনা শারিবা কল্পনা অদু পুন্সি নত্তে। অদুগুম্না, মীওইবনা মহে তম্বা হায়বসি মানা থেংনরিবা মুক্লবা নত্রগা য়াশিন্নবা হিংবগী লান অদুনি, মদু অশেংবা এডুকেসন্নি। মদুদগী ফংলকপা লৌশিং অদুনা খুৎলায় ওইজবদা খ্বাইদগী ফরবা উপায়নি। মসিগা লোয়ননা লৈবাক্লা ঙসি অব্রাফমদা তাদুনা খুদোংথিরবা গুহাদগী কাখৎনবা হোৎনজরিবা মীয়াম মরক অসিদগী হুমাং তারিব, কত্থোকলিবশিংনা খুনাইগী চাওখৎ খোঙথাং পুরক্কনি হায়বসি থাজফম থোকই। মণিপুরগী রাজনীতি অমসুং শেম্নুমগী ইরাক্লফম ওইরিবা অমম্বা শুরুংগী ইথক ইরৈশিংদগী লানখৎলকপা ঙমদুনা ঙসি চীঙলোন ব্রাংমদা নোংঙান্নবক্লিবা 'অশেংবা মঙাল' অসি চঙহল্লক্লবদি মতমদুদা মীওৎ মীনৈগী অরোইবা চৈখৈ চিংগনি হায়বসিনি থৌরমসিগী পাওজেল। ❑

# য়াউশঙ কুম্মৈনা লাকপদা

চহী অমগী মনুংদা হরাউ কুম্মৈ ময়াম অমনা থা অমদগী অমদা চগুঙননা থোকপা হরাউ কুম্মৈগী লাইরৈবাক কদায়দা লৈবগে হংবা তারবদি মদু মণিপুরনি হায়গনি। হরাউ কুম্মৈগী নিল খোংবা অরাঙবনা চহী চূপ্পা ঈথক ইপোম হৌহনবা লমদম অদুমক মীতৈশিংনা মপৃঙ ওইনা লৈবা লমদম অসিনি। লাইনিং লীচৎ মখল কয়াগী হরাউ কুম্মৈ মখল কয়ানা চহী চূপ্পা নাকোং শীঙজা য়ৈনা নিল খোংলিবা অসিনা লোইবা নৎত্রি। মীতৈশিংনা য়াম্লবা হরাউ কুম্মৈশিং অসিদা পেনথোকপা ঙমদ্রি। মসিগী মথক্তা অতৈ লমদমসিদা মখল কয়াগী হরাউ কুম্মৈশিং পুশিন্নরক্লি। মতমসিগী লোইলম লৈঙাক্কা খেৎনবা লৈত্রবা অৱা-চৈথেঙ নংলবা ফাওবদা মীতৈ খুনাইগী পুন্সি মহীং অসি কুম্মৈগী পুন্সি ওইনা লেল্লি। মীতৈগী লু-তোং শাগৎপদা হরাউ কুম্মৈ য়াওদ্রবদি য়াদ্রি। খুনাইগী ওইবা থবক থৌরমশিং নৎত্রগা মী খরদং পূন্দুনা থৌরম অমা পাঙথোকপা তারবদি মদু কুম্মৈ ওইহন্দবা য়াদ্রি নৎত্রগা, কুম্মৈ খরা য়াওহন্দবা য়াদ্রি। করি অমুক হায়গনি, অশি-অনাগী লান্ন-থৌরমশিং ফাওবদা কুম্মৈগী মওংদা চত্থনরি। করিগুম্বদা কুম্মৈ নুংঙাইত্রবদি মদুগী লান্ন-থৌরম (শ্রাদ্ধ) অদু নুংঙাইতে, মী ফম্বীনীংঙাই লৈতে হায়বা ফাওবা ঙাঙনৈ। কয়াদা নুংঙাইথোকপা পামখ্রবা খুনাইনো!

তশেংনমক ঙসিদি মীশিং য়ামখৎলকপগা লোয়ননা থৌদোক ৱাথোক য়াম্না হেনগৎলক্লে। মীশিং য়াম্লকপগা লোয়ননা পুন্সি মহিংদা মী অমগা অমগা শাথীনা খেন্নবা লৈরক্লে। অদুম ওইনমক লায়র-ইনাকখুনবা উহন্দবা কুম্মৈ ফিয়োংগী মশিংদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। ঙসিমক মরু ওইনা ফাইরেন লমদা অসিদা থোক্লিবা লুহোং-খোংদোংবা, নাহুৎ-নারেং, হরাউ কুম্মৈশিং অসিগী শরুক য়াবা ঙম্নবা হোৎনবদা অদুক্কী মতীক অৱাবা ওইনরে, ঙম্বু-ঙম্নরক্তরে। হরাউ কুম্মৈ য়াম্না পাম্মী হায়রিবা মীয়াম্না ৱারে হায়না তোয়না পন্নরক্লে। তশেংনমক হরাউ কুম্মৈনা চাহৎলবা খুনাই অমগী অৱাবগী মশক অদুমক ঐখোয়গী খুনাইনা পুদুনা চৎলি। পুবা-থাংবা ঙম্নদ্রবা ফিভম অমদা লৈরবা খুনাই অসিগী তুংলমচৎ অফবদি ওইররোয় হায়বসি কুম্মৈ পাম্বা মীপুম তিংনা নিন্দা তৌনরকপা অসিনা উৎলি। মসি ওইদুনসু মীতৈগী হরাউ কুম্মৈ পাম্বগী পুন্সি মহিং অসিনা খুনাইগী ঈচেল ওইখিবদগী ইশা-ইশানা তোকচরগে নৎত্রগা হন্থজরগে হায়রবা ফাউবদা তোকপা ঙম্বগী ফিভমগী ৱাংমদা লৈরক্লি, তোকপদি লায়রদুনা নোংমা নোংমগী হেনজিনবগী ফিভমদা লাক্লিবসি ইশানা ভাব তানা অমদি য়ানিংনা চথবা নত্তে। নেশা হৈনবশিংনা নেশাদা লুপখিবদগী কোক পুবা ঙমদনা পঙচৎ-চৎপগা পাংখক ওইরবগুম্না তৌরি। থোইদোক্লা অমুক হেন্না লুরক্লিবদি, কৈনা

তোকপা পোকপ্রা হায়বগুম্না, কুম্মৈ পান্বা অহল্লোন অয়াম্বনা তোক্লিংলবা ফাউবদা ঐখোয়গী অনৌবা মীরোলগী নহারোলশিংনা হরাউ কুম্মৈদা কা হেন্না লুপশিল্লকপা অসিনি। নহারোলশিংনা হরাউ-নুংঙাইবা পান্বা ওইনা লাইনিং-নাৎ হেন্না য়াওশিল্লকপা অসিদা খুনাই অসিগী তুংলমচৎ করি ওইরগদগে হায়বগী মিপাইবা পোক্লরি।

হরাউ কুম্মৈগী মাঙজবা কয়ামুক লৈরবসু কান্নবা খরবুদি অদুম্মক লৈতবা নত্তে। কুম্মৈদুনা শেন্দোং ফংহল্লিবা মীওই খরা অদুদা নত্তনা হরাউ কুম্মৈনা পীরিবা নুংগী কান্নবা ৱাহম্বোকসু লৈজে। অমত্তং পনবা তারবদি, হিংবদা চঙবা পোৎলমশিংগা শাগোন্ননা হিংলিবা মীওইগী পুন্সি মহিংদা অৱাৎ-অপা লৈতবা য়াদবনিনা, মদুনা পীরিবা খোয়রাঙবা ৱাখল খিবিক কোক্লবা হোৎনবদা হরাউ কুম্মৈনা য়োমশিন্দুনা পুরিবা তাইবঙ মপুগী খুৎশেমবু থাজবগী মিংখৈ শোলহন্দুনা অৱাবা-খোয়রাঙবা খিবিক কোকহল্লি হায়না লৌনরি। ৱাখল লৈবা মীওইবনা চহী চামগী পুন্সি মপূম অসিমক হিংবা তাবদা শোয়দ-ঙামদনবা হায়দুনা বিজ্ঞ্যানগী লানবল মনুংদা থুপচরম্বদগী মদুবু পুক্লিং লুমদদুনা অমুক হন্না থোরক্লগা লাইনিং লাইশোল (ধর্ম) গী মঙাল ফংলিবা অহিংসাগী মফমদা অমসুং তাইবঙ চৈনাখোল ফাউহন্দ্রবা নিল খোংদ্রবা ঈং-চীকপা (শান্তি) গী লমদমদা মীওইবনা হেক হেক চঙজরকপা অসিবু করমনা হেক্তমক লাল্লি হায়রুগনি? হিংবদা চঙলিবা মচাকশিংনা মীওইববু শুদ্ধৎতুনা খুনাই অমসুং ঐ-ঐগী মরক্তা লৈরিবা মবীদা অচুম অরান্না চপ চাবা খল পুদুনা চৎপা ঙম্বসিবু কদায়দা লৈত্রবগে ? চাওখৎলে হায়রিবা সাইন্সকি চহিচা অসিদা কয়ামুক শাংনা চৎপা ঙমলিবগে ?

খৃষ্টানগী ৱাংউলোন্দসু বাইবলনা সনাবু য়াদে, বাইবলগা সনাগা মৌনৈ। নোরোক্তা পাল্লিবা সৈতানগী ফম্নায়বা মকোক ওইরিবা ***বীলজেবুব*** না সনাগী মপু ওইরি। অদুবু মীওইবনা তান্নরিবদি সৈতানগী লন অসিবুনি। মীওইবনা মশা মশাগী লাইনীং লাইশোন (ধর্ম) গা লোয়ননা হিংলিবা পুন্সি মহিং অসিদা সনানা ঈশ্বর ওম্বোরকই, ফিদম ৱাংলে হায়রিবা ঐখোয়গী ঈশ্বর লাৎফম মফম খুদিংদা সনা লুপানা লাই শারকই। অসিগুম্বা শেংলবা মফমশিংদা মসিনা ওন্নতৈননা অপাম মিহৌবগী মশক ওম্বোক্তুনা মীওইববু খোয়রাঙহল্লি। থেমজিনবা ঙমদ্রবা মওংদা আশাগী ময়োল তেকহল্লি। শেঞ্জা থুমজাগী শাথীরবা লাইচৎ খিবিকী হৌরকফম মরদ্দ অমা ওইহল্লক্লি। অপাম্ববু খুদুম চল্লি হায়রিবা কৃষ্ণভক্ত বৈষ্ণবগী পাউজেল শন্দোকপা য়াউশঙ কুম্মৈনা সনা লুপাদা মৈরানবী ওইরবা লমহেন-তুহেনবা থৌদোকশিংগী মচীঞ্জাক ওইরক্লি। শেল সনা ফংনবগীদমক হরিনাম শোনবরোমদা পুং-কোর্ত্তান পায়দুনা চঙশিনবরোমদা চথরি।

তশেংবমক্তি, ঙসিগী মল্লবা চৎনদ্রবগুম উরবসু মতম অমদদি পুমনৌ নৌবা অফবা ৱাখল্লোন ওইরম্বা গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী ময়ায় লক্ষ্মী চৎপগী ভেল্যু অদুনা য়াউশঙগী মগুণ হাপলম্বনি। খুৎ নামনা থাঙশাং নামনা কোরান পায়দুনা অফ্রিকা অমসুং আরবদা চঙখিবা

অদুগুম্না বঙ্গদেশতা চত্থখিবদগী হিন্দু লাইনীংনা লৈখা তানা মরায় চাইথরক্লবদা থবক শুনা শুনা, থবক চৎনা-চৎনা, পোখা-পোথানা হরিগী মিংখৈ শক শোন্নবা মহাপ্রভুনা হৌরকখিবা ঈহৌ অদুবু নীংশিংফম থোকপা থৌদোক অমা ওইনা পাঙথোক্লরকপদগী হরাউ কুম্মৈ ওন্থোকখিবনি। ঙসিদি কুম্মৈ পামজবা লমদম অসিদা য়াউশঙনা মনীং তম্বা হেনমন্দুনা মীয়াম্না চরী তৎপমখৈ শোকহল্লবসু মতম অমগীদি অফবা অওনবা পান্বা খুনাইগী মমল য়াম্বা পোৎশক ওইজরম্বনি। অসিগুম্না মরু ওইখ্রবা থৌরম অমনা কুম্মৈ ওনথোরকপা হায়বসি মুৎলমদাইগী মৈঙালগুম্বনি। য়াউশঙগী মহুত্তা স্পোর্টস ওন্থোকলিবা পোৎশক অসিনা কুম্মৈ ওন্থোরক্লবদি মদুসু মুৎকদবা নুমিৎ মশীং থীবা য়ারবনি।

নাউরিয়া ফুলোনা য়াম্না ঙন্না লাইফাও পীরমখ্রবনি ঃ "... *লাইগী নুমিত্তি মশকসু উখিদ্রে; মীতৈ ঐখোয়গী রোহি রাহুনা লাইগী নুমিৎপু পুময়োৎ য়োৎশিনখ্রে। মসিদগী হেন্না নুংঙাইরম তম্নবা ঐখোয়গী স্কুল লৈত্রে। মহী য়াউদ্রবা জ্ঞান-বিজ্ঞান্না মীতৈগী হরাউ কুম্মৈগী মনাক নকলুবা ইয়া য়াদ্রবনি। মসিগুম্বা কুম্মৈগী ফিজেৎ হোংদোক্লনদি ঐখোয়গী রাই শুবগী (থবক) তোকপা য়ারোইদৌরি।*" হরাউ কুম্মৈগী মশক লৌখ্রবা য়াউশঙনা লাইনীং লাইশোলগী থৌরমদা অমদি অহল ওইরবা মীওইশিংদা কান্নবা খরা পীখ্রবসু মীতৈ খুনাইবু লৈখা তানা চিংথরকখিবগী অচৌবা মরম অমদি ওইরক্নি। চহি অমদা নুমিৎ কয়ানিমুক মতম মাঙহন্দুনা হরাউ মথোই কাখিবা হৌখিবা চহী ২০০ মুক হেনবা অসিগী মনুংদা মীতৈ খুনাইগী পুন্সিদা কয়াদা মাঙজরমগদবনো? কুম্মৈ অসিগী মচাক, ফি-রোল হোংনবগী লৈনবা হোৎনবদা ঐখোয়গী শেন্থুম কয়াদা শোকচিনখ্রবনো? অনৌবা মীরোলশিংগী লূ-তোংদা য়াউশঙ কুম্মৈগী ময়াই কারবা শক্লোন্না চূশীনখিবদগী অমদি নৌরিবা নুপীমচা-নুপামচাশিংবু ঈথক ইরাঙ পামহন্দুনা হামচৎ হামপোইনহনবগী নুংশিৎ নুংশা পীরকপা অসিনা খুনাই অসিবু মায়কৈ কয়াদা শাথীনা শোকচিনহনখি।

য়াউশঙগী হৌনবী নাক্ক থেংবা, শেল মুনবা, নিবা, চাকনি-ফিনিবগী ইকায়-ইকি লৈহন্দবা অমদি হুরান চিন্থিগী নুংশিৎ নুংশা লৈহল্লকপা অসিনা ঙসিগী খুনাই অসিদা হুরান চিন্থি তৌদুনা, রাচৎ-রানোম তৌদুনা শেল পায়ববু মতীক চাবা মীওইগুম্না উরি, মখোয়বু ইকায়খুম্নরি। হায়বা য়াই, অসিগুম্বা কুম্মৈ অমত্তং ইনাকখুনবা লৈবাক অমদা থাজিনখিদুনা মীতৈগী মতৌ তমদুনা লাউ-খোংদুনা মরৈরবদি ইনাকখুনবা লৈবাক অদু কুইরোই চহি খরগী মনুংদা লায়ররকপা, লমদমদুগী নুপী অঙাঙগী লমচৎ মাঙথরকপা, লমদমদুগী মখোঙ মরোমদোম লেপচবা ঙম্লম্বগী নেসনেল কেরেক্টর অদু মাঙখিদুনা চহী খরগী মনুঙদা হীকথদুনা তারকপা।

পুম্নমক অসি য়েংলুরগা হরাউ কুম্মৈদা মীতৈনা খুৎচাউ থারিবা অসি ঙসিমক হন্দোকপগী মতম য়ৌরে, থীল্লে। শিবা-চঙবগী রাহং মায়োক্লরক্লবা মীতৈনা খম্থবগী অরোইবা মতম য়ৌরক্লে। কুম্মৈনা মরু পানখ্রবা খুনাই অমনা মাঙ-তাক্লোইদবগী রাফম

লৈত্রে হায়বসি মীতৈবু য়েংলগা খঙবা মতম ওইরে। তুংলমচংকীদমক থৌদাং চপ চানা লৌদবা মীতৈনি হায়খিগদবা অদুদগী কনশি হায়রবদি ঙসিদগী হৌনা খোঙকাপ লৌবা তাই; হরাউ কুম্মৈগী শক্লোন পুরিবী মকে অদু য়াদবা তাই। অসিগুম্বা তানজা অমদা মণিপুরগী লৈকাই, খুলশিংদা য়াউশঙগী মহুত্তা শান্ন-খোৎনবগী লমদা থব্বায় য়াওনা চৎথরকপা অসি মতম চাই অমদি শীঙথাফম থোকই। স্পোর্টসকী লমদা মালেমদা শক্তাকপা ঙমলিবা মণিপুরীশিংগী অনৌবা শান্নবুং অমা য়াউশঙ মনুংগী ভাবোক চোন্না তিনবগা লোয়ননা থোরকপসিনা অশেঙবা ওইরবদি থোইনা হেন্না শক্তাক্লিংঙাই পোটেন্সিয়েল লৈরি হায়বা তাই। ইণ্ডিয়াগী স্পোর্টসকী কোনুংদি মণিপুর ওইরখিনি হায়রম্বা মণিপুর গবর্ণর বেদ প্রকাশ মারব্বাগী ব্বাফম অদুবু হেন্না চুমহন্নবা, হেন্না মশক থোকহন্নবা ঐখোয়না খন্থফম থোকই, হোৎনফম থোকই। য়াউশঙগী শান্নবুং অসিদা অনৌবা নিয়ম পুথোক্তুনা লোকেল ওর্গেনাইজেসনশিংগী থাক্তগী খরা হেন্না পাকথোক-চাওথোকহন্দুনা চাংদম্নহনবগী থৌওং চথবা ঙম্লবদি য়াউশঙগী মহাকথক্তা মাঙখিবা পুম্বা হঞ্জিন্দুনা হিরমসিদা মালেমদা হেন্না শক্তাকপা ঙমলকখিগনি। ❑

# নীংঙোল চাক্লৌবগী মায়ওল

অদুঙৈ পারী পুরীগী কাউঙমদ্রবা ব্বারী শীংবুল কয়াগা লোয়ননা লীশাংশিংনা চত্থরক্লিবা নিংঙোল চাক্লৌবনা জাতি অসিগী কান্নবা থবক কয়া তৌরক্লি অমদি কান্নগদবা পাউজেল কয়া পীদুনা লাক্লি। ময়ুম পানখ্রবী নিংঙোলশিংগা পেত্রিয়াকল সোসাইটি অসিগী মপা মমাগী মরল মথুম ফংহৌদুনা ময়ুম লেপহৌরিবা পিবাশিংগা চহী খুদিংগী নুমিৎ অসিদা উন্নহন্দুনা অব্বা নুংঙাইগী ব্বারী লীনহল্লি, নুংশিনবগী অমসুং নকশিন্নবগী থোং শাহল্লি। মসিদা নত্তনা, নৌনা লাকপা শাগৈগী মৌশিংনা মচল/মনম্মা ওইবীশিংগা নকশিন্নবগী লম্বী পীরি। নিংঙোল-মৌগী মরীদা অমত্তা ওইবা শক্লোন অদু নিংশিংহন্দুনা মনি-মমৌগী মরী ফহল্লি। থায়নগী কা মঙা লৈবা য়ুমজাওনুংদা পুন্না পুন্না লৈমিন্নগনবা অপুনবা ইমুংগী অমত্তা ওইবা নুংশি চান্নবগী থোঙ্গাল ফাৎলম্মী। মদুনা খুন্নাইগী থাক্তা মমি তাহল্লক্তুনা অফবা পুকচেল খোয়জেল মান্নবা খুন্নাই অমা ওইরক্লবগী মচাক পীরক্লি। লৈবাক্কী ওইবা ফিরেপ লৌরকপদা খুন্নাইগী থাক্তা মরৈ মুন্না, মনুং লুপ্পা খন্নদুনা ব্বারেপ লৌনবগী মচাক পীরক্লি।

থোইদোক্লা মরুওইবা অমনা, থায়নদগী হৌনা লৈবাক অসি মপুঙ ফানবা (নেসনষ্টেট ওইনবা), অমসুং য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা নুংশি চান্ননা মরুপ মপাং ওইনা লৈমিন্ননবা হোৎনরকপগী লমদমসিগী শাংলবা পুব্বারীদা ঐখোয়গী চনু নীংঙোলশিংনা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং কয়া লৌরকখি। য়ুমলোন্নবা লৈবাক কয়াগী নিংথৌশিংগা চারৌ মৌরৌনদুনা লৈবাক অসিগী ফীবম চেৎহনবদা ঐখোয়গী চনু নিংঙোলশিংনা খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং লৌরকখি। মতাং অসিদদি থাপ্লা লৈখ্রবা নীংঙোলশিংনা মবুং মপুব্রা চাক্লৌবগী চৎনবী লৈরম্বা অসিনা থোইনা হেন্না নীংঙোলগী মগুণ হেনগৎহন্দবা নত্তে। অসুম্না লৈবাক অমসুং খুনাইগীদমক শেমগৎ শাগৎপদা খ্বাইদগী শীংথাবা য়ানা থৌদাং লৌরক্লিবী লমদমসিগী চনু নীংঙোলশিংগী মমল খঙবা ওইনা চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং নুংশিনা চাক্লৌরিবা হায়বসি য়াম্না মরম চাবা অমনি। মসিনা মাঙদা চৎখৎনবা হোৎনরিবা খুনাই অসিগী য়াইফ-থৌরাং পায়খৎপদা হেন্না খুদোংচাগনি।

অদুবু লেপ্লা লৈতনা হোংলিবা মতমগী ঈচেল অসিনা নীংঙোল চাক্লৌববু মশক য়াম্না হোংহনখ্রে। অহোংবগী ঈচেল অসিদা গ্লোবেলাইজেসনগী শহুম্না ঈনোৎ পীরকপদগী মসিগী মশক শাথিনা হোংখ্রে, হান্নগী ঈচেলগা শম্নদবগুম তৌরে। ঙসিগী নীংঙোল চাক্লৌবা নুমিত্তা নীংঙোল পীবা হরাওবগী মহুত্তা নীংঙোলগী মপী শিন্থবা নুমিৎ ওইহল্লি, লৈত-লায়রবা মবুং মপুব্রাশিংগী থমোয় কায়বা নুমিৎ ওইহল্লি, দক্ষিনা হিদান্নদুনা ইমুং অমগী মৌ মশেলগী মরক্তা নাপল তৌনবগী অচাওরম কানবগী নুমিৎ ওইহল্লি। মসিনা খুনাইগী থাক্তা মমি তারক্নুনা অরৈবা অমসুং লৈতবা হায়বা পল্লোল অনি খায়দোকহল্লরি অমসুং লৈবাক্কি ওইবা ফিরেপ লৌরকপদা খাইবুং-খাইবুংহল্লি। শেঞ্জা থুমজা কনবা মীওইশিংনা জোম-জোম থাদরকপা অরং-অরাক্লা ঈচেল অসিবু ষ্ট্রিমলাইন তৌরকপা অসিনা হান্নগী লীক্লমদগী নাথৈরক্লি অমদি লমদমসিগী শেম্মিৎলোন্দা শাথিরবা চৈথেং পীদুনা খুন্নাই অসিবু মরা তাদ্রবা কঞ্জ্যুমর সোসাইটি ওন্থোকপগী মরুওইরবা নুমিৎ ওইহল্লি। নুমিৎ অসিদা উৎলিবসি, শেঞ্জা থুমজানা হারবা খুন্নাই অসিগী অরৈবা, শেল জোম-জোম পায়বা মীওইশিংনা নীংঙোল চাক্লৌবগী পাম্নদ্রবা অহোংবা অসিবু ষ্ট্রিমলাইন তৌবদা নত্তনা, অউনপোৎ পীবদা, হরাও-কুম্মৈদা খুৎচাও থাদুনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা, মন্দির ময়োলদা শেল থাবদা, জোব মার্কেত্তা মমল লেপ্পদা অমসুং খুন্নাইগী মীয়াম্না হৌবা ঈহৌশিংগী মহয় চারমদাইদা অসিগুম্বা মীওইশিংনা ষ্ট্রিম লাইন তৌরক্লি।

মরম অদুনা, অসিগুম্বা লৈবাক্কী মাঙ-তাকপগী থবক তৌরিবা থৌওংশিং অসিনা মখা তানা চত্থখিবা তারবদা অপীকপা, শোথরবা খুন্নাই অসিগী মনুংদা অরৈ লৈতগী তুক্কচরবা চেকপল খারক্কদবা, মশাগী শেম্মিৎলোন কনবা ঙমজদবদগী হিরম খুদিংদা

মশানা মখোঙ থোংনা লেপ্পা ঙমদনা হ্িকথরগদবা শক্লেন অসিগী মায়োক্তা ফিরেপ লৌবা য়াম্না মরুওইবা নুমিৎ অমা ওইহল্লরি। জাতি অসিনা মীৎকপ থোক্নুনা অনৌবা অচুম্বা জাতিগী ওইবা খোঙথাং অদু থাংদোক্লবগী নুমিৎ ওইহল্লরি।

মতাং অসিদা থোইদোক্না শীংথাবা য়াবদি, অসিগুম্বা দক্ষিনাগী হিদান্নবা তোকপীয়ু হায়না মীয়ামগী মরক্তগী খোঞ্জেল কন্না থোক্লরকপা অসিনি। থৌওং অসিদা পাউচে, রেডিও অমসুং ইলেক্ট্রোনিক মেডিয়ানা থৌদাং লৌনরকপসি অফবগী খুদমনি। অদুবু মরুওইনা ডিডিকে, আইএসটিভি গুম্বা ইলেক্ট্রোনিক মেডিয়ানা খরগা হেন্না থৌদাং লৌহন্নিংবা লৈ। মখোয়গী শাফু য়াম্না কল্লি। মখোয়না লীলা-পালানচিংবা (ট্রেডিসনেল) মেডিয়ানা পাউজেল পীরিবা, খুদম চাংদমগা লোয়ননা মীয়ামদা ভাব তাহল্লিবা মফোঙদোক/মউৎ অসি কোভর তৌদুনা মীয়ামগী মখুত্তা শোয়দনা য়ৌহনবা ঙম্মী। মীয়ামগী কোক্তা চঙহন্দুনা অচুম্বা ফিরেপ লৌহনবা শোয়দনা ঙম্মী হায়বা য়াই।

মসিগা লোয়নননা হন্দক্কী হৌখিবা চহী ২/৩ অসিদা ইম্ফালদা লিংখৎপা নুপী লূপ অমনা নীংঙোল চাক্কৌবদা দক্ষিনাগী হিদান্নবা তোকপীয়ু হায়না আপীল তৌরকপা মীয়াম্না তারে। হন্দক্তি আপীল তৌবদা নত্তনা অৱানেস কেম্পেন ফাওবা তৌরক্লি। খোঞ্জেল অসি ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা মীয়াম্না তাবদি হৌরক্লে, অদুবু থবক ওইনা মীয়াম্না চঙশিনবা য়াবা মওংদা করম্বা ডিমোনষ্ট্রেসন পীরবগে হায়বা ৱাহং অমত্তংদি লৈরি। করিগুম্বদা লূপ অসিনা খুনাইগী থবক তৌবা মীওইশিং অমদি লূপশিং খুৎশম্নবা ঙমদুনা হীরম অসিদা চঙশিনবা ঙম্লবদি শোয়দনা মায় পাকপা ঙমগনি। থৌওং অসি খরগা হেন্না পাক চাওনা কোনশীন্নবা হোৎনদুনা নিয়ম চুম্না চত্থরবদি লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্কনি। ***সিবিক এক্সন কংলৈপাক্কী নুপীগী লূপ (ৱাশক)*** অসিগী থৌওংশিং শীংথানিংঙাই ওই, মীয়ামগী কো-ওপরেসন পীহন্নিংঙি।

ঙসিগী থোইদোক্না শীংথাবা য়াবদি, চীংমী তম্মী চাক্কৌনবগী থৌরম অমসু ওইহন্দুনা খুন্নাইগী মান্নবা থাক অমসুং চীংমী তম্মী নুংশি চান্ননা পূন্না হিংমিন্নবগী নুংশি লীপুন ওস্থোরক্লিবা অসিনি। মসি হৌখিবা চহী ৬/৭ অসিগী মনুংদা ময়েক লানা উরক্লিবা অনৌবা শক্লোন অমনি। অনৌবা খোঙথাং অসিনা চীংমী তম্মীগী থম্মোয়দা নুংশি চান্নবগী মমি অমদি তাহনবা ঙমখিবগী খুদম উনরে। হীরম অসিদা থৱায় য়াওনা চঙশিল্লিবা ***আমেস্কোবু*** মীয়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংবা পোক্লরি। মসিনা নীংঙোল চাক্কৌবগী চপ চাবা পাউজেল পীরি। তৌবদবু মীতৈশিংগী মনুংদা অচাওরম কানদুনা দক্ষিনা হিদান্নবগী থৌওং অসি লাকশিলহৌদ্রবদি শীংথানিংঙাই ওইরবা চীংমী তম্মী চাক্কৌবগী ভেল্যু অসি মাঙখিগনি। দক্ষিনাগী হিদান্নবনা পীরিবা অমাঙবা অসিবু মীয়াম্না পূন্না খঙমীন্নবগা লোয়নননা মসিবু থুনা লাকশিলহৌদ্রবদি খুনাই অসিনা মায়োক্লরগদবা মাঙ তাকপা অসিদগী কনবা কৈদৌনুংদা ওইথোক্লরোই। ❑

# ফেল ওইরবা ২০০১ সেন্সস
# তম্পাক্কি পারানি

অরানবা খ্বিবিক য়াওরে হায়রিবা ইং ২০০১ গী সেন্সস অসিগী য়ুম্ফমদা লৈঙাক ল্বায়েলগী পামদ্রবা যৌওং খরা চখরক্কদ্রা হায়বগী নুংনাঙবা অমদি লৈতাদবা অমা প্রজাশিংগী মফমদা শীরি। য়ামদ্রবদা তম্পাক্কি এসেম্ব্লী সিট ৪০ গী মনুংদগী সিট ৩ মাঙলগা চীংগী সিট অহুম হেনগৎলকপা য়াবগী ল্বাফম লৈরি। মসিগী মরীদা মণিপুরগী পোলিটিকেল পার্টি ময়ামগী মীহুৎশিংনা ইলেক্সন কম্মিসনগী চিয়ারমেন অমদি য়ুনিয়ন হোম মিনিষ্টর উন্নদুনা হান্নগী ফীভমদা থম্বীয়ু হায়না তকশিনখিবা লৈখ্রে। মীয়ামগী খোয়রাঙ খোয়শাওনবা অমা লাকপা য়াবা অসিগী মাঙওইননা চীফ মিনিষ্টরগী কষ্টদিদা ল্বাফম অসি চেকশিন্না থম্লি হায়না লৌনবদগী মীয়াম্না মিপাইবা খোয়রাঙনবা তোক্কুনা তুমীন্না য়েংদুনা লৈনরি। অমরোমদা চীংগী পোলিটিকেল লীডর খরনা সেন্সসকি মতুং ইন্না ডিলিমিটেসন তৌবিয়ু, চীংগী সিট মশিং হেনগৎহনবিয়ু হায়রি।

তাঞ্জা অসিদা, ইং ২০০১ গী সেন্সস প্রোবিজনেল ওইরম্বদু হৌজিক্তি ফাইনেল ফিগর অমদা লাকপগা লোয়ননা অহোংবা খরা লাকখ্রে। মণিপুরগী অপূনবা মীশিং অসি ২৩, ৮৮,৬৩৪ ওইরম্বদগী ২২,৯৩,৮৯৬ ওইরকখ্রে। মসি সেনাপটি ডিষ্ট্রিক্টকী সব-ডিবিজন ৩ ঃ মাও মরাম, পাউমতা অমসুং পুরুল সবডিবিজন অহুমগী মীশিং মথংশিংনা ১, ২০, ৭৭৪; ৪৩, ২৯৯ অমসুং ৫৯, ৭০৫ ওইরম্বদগী ফাইনেল এষ্টিমেটেড ফিগব ওইনা মথংশিংনা ৬৯, ১৩১; ২৭,০৬৫ অমসুং ৩০, ৯১২ ওইখিবদগী মীশিং হন্থরকপনি। মীশিং ৯৪, ৭৩৮ হন্থরমদ্রবদি এসেম্ব্লী সিট অনি হেন্না পূন্না সিট মঙা হেনগৎনিংঙাই ওইরম্বনি হায়বদি, ইন্দিয়া গবর্ণমেন্টনা সবডিভিজন অহুম অসিগী মীশিং অসি রিজেক্ট তৌরমদ্রবদি কনষ্টিট্যুয়েন্সি মঙা সেনাপটি, চান্দেল অমসুং উখ্রুলদা হেনগৎলমগদবনি।

মণিপুরগী অপূনবা চীংগী মীশিং ৮, ৮২,১৩০ অমসুং তম্পাক্কী মীশিং ১৪, ১১, ৭৬৬ ওইরি। মসিগী মনুংদা সেড্যুল ট্রাইব মশীংনা চীংদা ৬,৮৪,৮৯৪ অমসুং তম্পাক্কী এসটি ৫৬, ২৪৭ য়াওরগা পূন্না মীশিং ৭৪১, ১৪১ ওইরি। মসিদা মাও-মরাম, পাউমতা অমসুং পুরুল সব-দিবিজন য়াওদ্রি।

মরম অদুনা মণিপুরগী অপূনবা মীশিংগী মনুংদা ৬০ খোক্লা য়েম্লোকপদা চীংদা ২৩. ০৭ থুংঙি হায়বদি, এসেম্ব্লী সিট য়ামদ্রবদা ২৩ ফংনিংঙাই ওই। মণিপুর কনটেক্সদা কেন্দ্র অমদা মীশিং ৩৮, ২৩২ ওইরি। চাদা তরা হাপতোক-হাপচিন তৌরগা য়ামদ্রবদা ৩৪, ০০০ অমসুং য়াম্লবদা ৪২,০০০ ওইনা কনষ্টিট্যুয়েন্সি অমমমগী মীশিং লেপ্পিংঙাই ওইরি। করিগুম্বা ডিলিমিটেসন তৌরকপা তারবদি, ইং ২০২৬ ফাওবগী ওইনা ইন্টরনেল

এরেঞ্জমেন্ট ওইংগদবনি। চীংগী হেনগৎকদৌরিবা সিট মশিং অসি তম্পাক্তগী হায়বদি ইম্ফাল ইষ্ট, ইম্ফাল ৱেষ্ট অমসুং বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্টগী কেন্দ্র অমমম মাঙগদৌরিবনি। মরম অদুননি, ইং ২০০১ গী সেন্সস অসি অসুক্কি মতিক মরুওই হায়রিবা।

অদুগা চীংগী লম্না সিট অহুম হেন্না ফংগদৌরিবা মফমদি কুকিগী কনষ্টিটুয়েন্সি অনী হায়বদি চন্দেল ডিষ্ট্রিক্টী চকপীকারোং অমসুং সেনাপটি ডিষ্ট্রিক্টি সাইটু গম্ফাজোল এরিয়া অসিদনি। উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্তা অমা হেন্না ফংগদৌরিবসি নাগা এরিয়াদনি। অদুগা হায়রিবা সিট অহুম অসি রিজার্ব তৌদবা সিট ঙাক্তা ওইংগনি। হান্নসু সেনাপটি ডিষ্ট্রিক্তি কাংপোকপি (সদর হিলস ৱেষ্ট) অসি নেপালি সেটলমেন্ট ওইবনা অন-রিজার্ব সিট ওইরি।

ইং ২০০১ গী সেন্সসকি মতুং ইন্না প্রোব্লেম লাক্কদবা ষ্টেটশিং অমদি য়ুনিয়ন টেরিটোরি (য়ুটি) শিংগী মশক খঙদোকপসি চহী ১০ গী মনুংদা হেনগৎলকপা (গ্রোথ রেট) মীশিং য়েংলগা লায়না খঙবা ঙম্মি। ইং ১৯৯১ দগী ২০০১ ফাওবদা নাগালেণ্ডনা মীশিং হেনগৎলিবসি চাদা ৬৪.৪৬, মেঘালয় ৩০. ৬৫, সিক্কিম ৩৩.২৫, দামন এন্দ ডিয়ু ৫৪. ৯০, ডড্রা এণ্ড নগর হাভেল্লি ৫৯.৪২ অসিনি। মণিপুরগীদি চাদা ১৭. ৯৬ খক্তনি, প্রোব্লেম ওইফম থোক্তবনি। তম্পাক্কি ডিষ্ট্রিক্টশিংদা চাদা ১৩.৯০ দগী ২০.০০ ফাওবা ওইরি। লমশাং ভিল্লেজগী গ্রোথ রেট ২.১৯ ওইরে। অদুগা চীংগী চান্দেলদা ৭২. ৮০, সেনাপটিদা ৮১. ৯৬ য়ৌরি। মসি এবনোর্মেল ফিগর ঙাক্তনি। চাদা ৬০ কগা য়ৌরক্লিবসি অশোয়বা অমা শোয়দনা লৈরবনি। কদায়দনো অমা লাল্লবনি। চান্দেল ডিষ্ট্রিক্তি চকপীকারোং অসিমক গ্রোথ রেট ১০০.১৮ ওইরি। এরিয়া অসিদা কানাকম্পুং ভিলেজ লৈ। মীশিং ৭১০ নি। মতম অমদা অনালশিং লৈরম্বা খুননি হৌজিক্তি কুকিশিং লৈরে। চকপীকারোংগী সালুক ভিল্লেজ মীশিং ৯৬৭ লৈবা কুকি খুলনি। মতম অমদা অনালশিং লৈরম্মী। মসিনা তাকপদি, ইং ২০০১ সেন্সসদা তৌগে হায়না তৌবা খরা লৈরব্রা ? খুনদি হোংখ্রবা অদুগা মীশিংদি অদুম চনশীনবা অসিনচিংবা ময়াম অমা য়াওরব্রা হায়বসি হংদবা য়াদ্রবা ৱাহংনি।

অদুগা মতমদুগী সেন্সস চথবিরম্বা ডিসি, অমসুং মখা তাবা ওফিসিয়েলশিংগী চেকশিনবা ৱাৎপনা প্রোব্লেম অসি মায়োক্লখিবনি হায়বদা করিবু লানগদগে ? ডিসিশিংগী য়াথং অমদি মোনিটরিং সিষ্টেমগী অশোয়বা অমসুং মখা তাবশিংগী থবক খুত্তৌ মওং তাদবনা ইং ২০০১ সেন্সস ফেল ওইখিবগী চপ চাবা মরম্নি। গবর্ণমেন্ট মন্ত্রি, এমএলএশিংসু অদুমঙায়। মসি লানবা য়াদবা থবক্কি হায়বসি ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা করিগী খঙদবগে ? সেন্ট্রেল সার্বিস ওইরবসু ষ্টেট মেছিনরিনা থবকসি পাঙথোক্ল রি। ষ্টেটনা কল্লেক্টিব রেস্পোন্সিবিলিটি লৌরিবা থৌদাংনি। সেন্সস হায়বসি গবর্ণমেন্টনা অমদি ডিসিনচিংবা ফম্নাইবশিংনা করিগী মুন্না খঙদবগে ? নৎত্রগা খঙনা খঙনা তৌফম থোকপা দায়ত্ব করিগী লৌখিদবগে ? অকক্লবা মতম অমগী

মনুংদা লৈবাক অসিগী মীয়ামগী ওইরবা ডিমোগ্রাফিক, ইকোনোমিক অমসুং সোসিয়েল ডেটা খোমজীন্দুনা অমদি ফংহন্দুনা চাওখৎ থৌরাংগী থবক পায়খৎনবা পোলিটিকেল প্রোসেস তৌরিবা অদুক্কী মতিক মরুওইখ্রবা সেন্সস অসিবু গবর্ণমেন্টনা করিগী থৌশাহৌদবনো অমদি মদুবু পাঙথোক্লম্বা দায়ত্ব লৈতবা ওফিসিয়েলশিং করিগী চৈরাক পীরোইদগে হায়বসি হংবা য়াবা ৱাহং ওইরবনি।

হৌজিক্তি সেন্সসদা য়ুম্ফম ওইরগা পূম্নমক অহোংবা পুরক্লগনি হায়রকপা মতমসিদা গবর্ণমেন্ট মীৎকপ থোরকপদৌনা তৌরি। লানবা য়াদবা থবক্তি হায়বসি মতমদুদা খঙলম্লবদি মোনিটরিং সিষ্টেম ফহল্লমগদবা, দায়ত্ব লৈতবা ফম্নাইবশিং চৈরাক পীরমদগদবদু তৌহৌদ্রবনিনা ঙসিদি লাও-খোঙবনা করি কান্নগদৌরি ? মসিদি মথৌ মশক খঙনা তৌদ্রবা ফেল ওইরবা গবর্ণমেন্ট হায়বদু তারে। মীয়ামগী ইন্টরেষ্টকি মায়োক্তা থবক তৌবগী মরাল লৈতে হায়বা ঙমদ্রবা গবর্ণমেন্ট হায়বদু ওইরবনি। ওফিসারশিংনা ইগোদা থবক তৌরিবশিং অসি থাদোক্তুনা করিগী পাব্লিক সার্বিস ওইনা থবক তৌবা ঙমদ্রিবনো ?

অমরোমদসু প্রজাশিংবু ***সেন্সস এডুকেসন*** চপ চানা পীবা গবর্ণমেন্টনা ঙমদে। মতমদুদা তম্পাক লমদদি সেন্সসদা অপনবা পীখিবগী অমসুং চে-চাং ফাওবা মুনখিবগী পাউ কয়া লৈ। মমিং পানখত্তবগী, চিখ্রবগী ৱাফম লৈ। হৌজিক মীওই চা কয়া সেন্সসদা মিং পান্দনা লৈরি। মসি সেন্সস করিনো খঙদবগী মহয়নি। মসিনা মরম ওইদুনা তম্পাক্কী গ্রোথ রেট শাথীনা হৃহুরি অমসুং কেন্দ্র অহুম মাঙখিবা য়াবগী ৱাফম লাক্লিবনি।

পূম্নমক অসি মথৌ মশক খঙদবা ফম্নাইবশিং অমসুং মতীক চাদবা গবর্ণমেন্ট ওইরুবগী মহয়নি। শম্না হায়রবদা, পুকচেল শেংনা পোলিটিক্স তৌবা ঐখোয়গী লুচিংবা লৈতবগী মহয়নি।

**চহী তরাগী মনুংদা হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী পার্সেন্টেজ**

| ষ্টেট/ডিষ্ট্রিক্ট | ২০০১ গী মীশিং | ১৯৫১-৬১ | ১৯৬১-৭১ | ১৯৭১-৮১ | ১৯৮১-৯১ | ১৯৯১-২০০১ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মণিপুর | ২২৯৩৮৯৬ | ৩৫.০৪ | ৩৭.৫৩ | ৩২.৪৬ | ২৯.২৯ | ৩০.০২ |
| সেনাপটি | ২৮৩৬২১ | ৫১.৮৯ | ৪৪.৫০ | ৪৯.৬৬ | ৩৬.১৩ | *৮১.৯৬ |
| তমেংলোং | ১১১৪৯৯ | ১২.৩৮ | ২২.২১ | ৩৫.৩১ | ৩৮.৫১ | ২৯.২৩ |
| সিসিপুর | ২২৭৯০৫ | ৪৯.০১ | ৫১.৪৫ | ৩৩.৯৩ | ৩১.০০ | ২৯.৮১ |
| বিষ্ণুপুর | ২০৮৩৬৮ | ৩৭.৭৮ | ৩৭.৬৯ | ৩০.৩১ | ২৭.৫২ | *১৩.৯০ |
| থৌবাল | ৩৬৪১৪০ | ৩৫.৯৬ | ৩৪.৭২ | ২৭.৪৯ | ২৬.৩৪ | ২৪.৬২ |
| ইম্ফাল ৱেষ্ট | ৪৪৪৩৮২ | ২৬.৯২ | ৩৫.২৭ | ২৪.৭২ | ২৬.১৪ | *১৫.৪২ |
| ইম্ফাল ইষ্ট | ৩৯৪৮৭৬ | ৫০.৯৬ | ৩৯.৯১ | ৩৪.৬১ | ২৯.৪১ | *১৯.১৬ |
| উখ্রুল | ১৪০৭৭৮ | ১৭.৯৯ | ২৮.০৭ | ৩৩.২৯ | ৩১.৭৪ | *২৮.৯৮ |
| চান্দেল | ১১৮৩২৭ | ১৫.০৯ | ৩৯.৯০ | ৪৫.৭৬ | ২৫.৮১ | *৭২.৮০ |

* তম্পাক্কী সিট অমমম মাঙলগা চীংদা সিট অমমম হেনগৎকদবা মফমশিং

## নেসনেলিজম য়াকাইহনিবা

# 'লৈশেম পাথৌ'

ঙসিগী অহোংবগী কল্লবা ঈচেল অমা লাকপসিদা মালেমগী খুনাইশিংগী হিংবগী পুন্সিরোল অসিদা অচৌবা শাফু অমা পীদুনা লাক্লি। মশাগী হান্না লৈজরম্বা চংনবী-নাৎ কয়া থাদোক্লদুনা মশাগী শক্তম মাঙনরকপগী ঈচেল অমা কন্না চেনশিল্লক্লি। ঈচেলশিং অসিগী মরক্তা জাতি মচাশিংনা অচৌবগী খয়াত্তা চঙখিদুনা মশাগী শক্তম, শেন্মিৎলোন, তুংগী লাইবক, পুন্সি মাঙখিবগী ঈচেল অসি য়াম্না তোইনা উরিবা অমনি। চুম্মী, কলচর হায়বসিদি হোংদবা য়াদে, হোংদ্রবদি কলচর কৌদ্রে। অদুবু অরীববু অনৌবনা পুময়োৎ য়োৎশিনখিবগী ৱাফম অসিমক্তি শক্তি শিজিন্নদুনা খুদোংচাবা লৌরিবা কাঙবুগী মীৎয়েং হায়বদি কলচরেল ইম্পরিয়েলিজম কন্টেক্স ওইগনি। মরমদি মসিনা কলচরগী মপান তাংদুনা জাতিদুগী শক্তম, শেন্মিৎলোন অমসুং তুংগী লাইবক পুম্মুৎ মুথৎনরি, অমনা হিংলগা অমনা শিরি। মসিদি চুম্লিবরা ? মালেমগী ওইবা মীৎয়েংদা চুশিন্নরিব্রা ? মরম অদুনা কলচরগী তরু-তরুবা ৱাখল্লোলদি, কলচরনা মহাক্কী মরমদা অফ-ফত্ত খিবিক অসি খঙগদবনি অমসুং মালেমগী ওইবা মীৎয়েং অসি খঙগদবনি।

অসিগুম্বা অচৌবা অহোংবা অসি মীতৈ খুন্নাইগী পুন্সিদসু তরানিপানশুবা চহী চাদগী থোক্লক্লিবা মরম্না মীতৈশিংগী শক্তমদা, তুংগী জাতিগী শেন্মীৎলোলদা শাথিনা শীংনরক্লি। ঙসিগী মালেমগী গ্লোবেলাইজেসন্না অমুক্কা হেন্না শাফু কন্না হুমদুনা জাতি অসিবু পল্লেপফম খঙদবা মফম অমদা পুরি হায়বসিদি অখঙ অহে পুম্নমক্না য়ানরবা ৱাফম্নী। তৌবদবু জাতিদুগী মনুংদা মীপান তাংববু য়ানিংবা কাঙবু নৎত্রগা য়ানিংদবা কাঙবু হায়না অনি থোকপা অসিনা অতোপ্পা ৱাফমনি। মসিমক ইরমদম মণিপুরদা ঙসিমক থোক্লিবা ৱাফম্নী। মীতৈশিংনা হিংনরিবা পুন্সি অসি য়াম্না অকোম্বা মওংদা অমসুং তুংগী জাতিগী করিসু খন্দবা মওংদা, দায়ত্ব য়াওদনা হিংলিবা পুন্সি মহিং অমা ওইরি। মসিমক্না মণিপুরি জাতি অসিগী খোঙচত্তা অকায়বা ওইরকই। মীপাইহল্লবা ফিভম অসিনা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা মীওই কয়ানা মপান থোক্লরক্লুনা জাতিশিংগী অনৌবা মীরোলগী থম্মোয়দা মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল্লোল পোক্লবা হোৎনরকই, অনৌবা মীরোলগী লূ-তোংদা নেসনেল কেরেক্টরগী ঈচেল চেন্নবা হোৎনরকই। মসিগী মনুংদা অমত্তং পনবা তারবদি, **লৈশেম পাথৌ** কৌবা ইম্ফালগী কোংবদা ময়ায় শঙলেন লীংবা লূপ অসিনি। ইং ১৯৮৬ তা লিংখৎলি হায়রিবা লূপ অসিনা মথক্তা পনখ্রিবা হীরম অসিগা মরী লৈননা থবক তৌরি।

লূপ অসিগী পান্দমদি, চাওখৎপা অমসুং য়াইফবা লৈবাক শেমগৎনবগীদমক্তা নহারোল অহল্লোন খাক্তনা লৈশেম থৌদাং লৌননবনি। লমদম খুদিংমক্কী মতীক লৈরবা নহারোল-অহল্লোল পুম্নমক্না মাগী মাগী মরমদম হান্না শেমগৎপগী থৌদাং লৌনবনি। ইশানা ইশাবু অফবা, য়াইফবা, চাওখৎপা, ইনাকখুনবা পুন্সি অমা ওইনবা শেমগৎচনবনি। মীতোপকী মীফালোং, মীনমলাং, শুমহৎলাং কয়াগী লাংশিংবু থদৎতুনা মাঙহন্দুনা ইশাগী লম্বীদা ইখোঙনা লেপ্তুনা চৎচবা ঙম্মনবনি। মখোঙ মখুৎ তেক্লিবা, মমীৎ তাঙদ্রিবা নহারোলশিংনা খুৎকী থবক নৎত্রগা ব্রাখলগী থবক অমা নৎত্রগা অমদি হিংলিঙৈগী মতমদা পাঙথোক্কুনা হিংবগী মমল খঙনা, পোকপগী কান্নফম খঙনা হিংনবনি। কিদবা অমদি থৌনা লীংজেল লৈবা, হনবা লৈতনা হোৎনবা, লৈবাক নুংশিবগী ব্রাখল, অফবা, অচুম্বা, ফজবা ব্রাখলগী লীচৎ পুম্নমক অসি মীতৈ নহারোলশিংগী মরম ওইগদবনি হায়বা অসিনি।

লৈশেম পাথৌগী মেম্বর (মীকোক) শিংনা তৌরোইদবা নিয়মশিং চেকশিন্না পীরি, মেম্বরশিংগী মরক্তা অমনা অমবু চিন-ঙাঙনবা, করেম্মবা, উশিত্তবা উৎনবা য়াদে। অমনা অমবু হন্থনা য়েংনবা অমসুং খনবা য়াদে। লৈশেম পাথৌগী মেম্বরশিংগী মরক্তা অমনা অমগী মফমদা অরানবা চৎকে হায়না খল্লোইদবনি অমসুং চৎলোইদবনি। অখুবা মীৎয়েং অমসুং পুকচেল পীকপা ব্রাখল্লোল অসি মীকোকশিংগী মফমদা লৈহল্লোইদবনি। ঈরৈচাশিংগী মীশিং হন্থনবা হোৎনবা ওন্ন-তৈনবা ফত্তবা ব্রাখল্লোল, লৌতুনবগী পোরম পুম্নমক য়ারোইদবনি অমসুং মসিগী মায়োক্তা লৈগদবনি। অসিনচিংবা থোইদোক্লা ব্রাহল্থোক লৈবা তৌরোইদবশিং অসি লৈশেম পাথৌগী মীকোকশিংনা য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্লি। মসিদসু নত্তনা, লৈশেম পাথৌগী মীকোকশিংনা ইনগদবা *টেন কমান্দমেন্দ* (য়াথং তরা) কৌবা ফজত্রবা পাউতাকশিং লোন্না থুপ্না শীজিন্নরি।

**লৈশেম পাথৌগী য়াথং তরা :**

১। চুরুৎ, বিরি, য়ু, গঞ্জা, কানি, জরদা, খৈনি, ড্রগনচিংবা হকচাং মাঙহন্বগী ফত্তবা ময়ায়কাবা পোৎশকঅমত্তা চাবা অমসুং থকপা য়াদে, লোয়ননা শোক্লবা, শম্নবা অমসুং মবী লৈনবা য়াদে।

২। নোংমগী মনুংদা ব্রাখলগী নৎত্রগা থবক্কী ওইবা অফবা অমা খনগদবনি নৎত্রগা পাঙথোক্কদবনি।

৩। ঈরম নীংবা অমসুং নুংশিবা শক তাক্লবগীদমক ঈয়েক, ঈরোল, ঈরম লাইনীং লীচৎ, চৎনবী য়োকখত্তুনা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা চান্নবা অমসুং লিংজেল মান্নবা উৎকদবনি।

৪। পূক্লিং, ব্রাখল, হকচাং শেংনা অমসুং ফনা থমগদবনি। হকচাং লূগদবনি, পুক্লিং মচীং নাইফবোই।

৫। অরেম্বদা কান্নদবা অমসুং ফত্তবা তৌদুনা মাঙহল্লোইদবনি। অফবা থবক তৌগদবনি।

৬। শেমগৎপা, শাগৎপা, থবক শুবগী, হোৎনবা কম্বগী হৈনবী থমগদবনি।

৭। মতম লৈবা খিবিক্তা কল্লকপা, মীহৌবা, মীখা পোম্বগী ব্রাখল থাদোক্কদবনি।

৮। ফত্তববু কিফরোই, অফববু কিনা লুনা চৎকদবনি। অফববু ঙাক্কদবনি, কনগদবনি, অরাম-খৌরাংববু কোকহনবীগদবনি।

৯। ঈশানা ঈশাবু ঙাক্কদবনি অমসুং শেমগদবনি।

১০। ঈপুধৌ পাখঙবগী লাইফম খুদিংদা কোক নোন্দুনা থৌগল্লোন খঙবা উৎকদবনি।

থোইদোক্লা মীৎয়েং চিংশিন্নিংঙাই ওইবদি, মণিপুরগী অরাপ্পা অতৈ মফম কয়াদা লূপ অসিগী মশা কয়া থমদুনা হায়রিবা লৈশেম পাথৌগী থবকশিং য়াম্না ফজনা চথবা উরি। নিয়ম নিতিশিং অসি ঙাকপগা লোয়ননা নোংম-নোংমগী পাক-শন্না শন্দোরকপসু উরি। ময়াং ইম্ফালগী মফম খরদা থৌবালগী খেকমল, শিংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই, খোংমন, থৌবাল লৈশাংথেম, ক্যাম সিফাই অমসুং হৈরোক অসিনচিংবা লমশিংদা শন্দোক্লুনা লৈরি। হায়রিবা লমদমশিং অসিদা লূপশিং অসিগী মীকোক নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপগী পাউ তারি। হৌখিবা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা অইবনা তাঙ্গা অমা ফংজবদগী ইম্ফালগী কোংবদা লৈবা ময়ায় শঙলেন্দা লূপ অসিগী চহীগী ওইবা মীফম অমা পাঙথোকখিবদুদা শরুক য়াজরুই। মদুদা মশা লোয়শঙশিংগী মীহুৎ কয়া লাক্লুনা তিল্লমখি। মীওইশিংদুসু লাইরিক লাইশু হৈবা নৎত্রগা খুনাইগী লোনচৎ য়াম্না মুন্না খঙবা মীওই ঙাক্তা ওইরমখি। প্রোফেসর, লেকচরর, কলমনিষ্ট, সোসিয়েল ৱার্কর, কলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল, শিল্পী অমসুং লৌমীনচিংবা য়াম্না দায়ত্ব লৈবা মীশক য়াম্না য়াওরমখি। মখোয় পুম্বনা মীয়াম মাঙদা থমখিবা ৱাফমশিংদু য়াম্না চেকশিন্না চৎপা, তুংগী লৈপাক্কী য়েংনা চৎপা ফুরুপ অসিগী কলচর, শেম্লীৎলোন অমসুং জাতিগী তুংলমচৎতা য়ুম্ফম ওইদুনা ঙাঙনখিবা ঙাক্তনি।

থৌওং অসি য়েংলুরগা পনবা য়াবা ৱাফম খরদি, মণিপুরি জাতি অসিগী অমম্বা তুংলমচৎ অসি অসিগুম্বা খোঙথাংগা লোয়নরবদি মঙাল অমদি পীরক্লগনি হায়না লৌবা য়াই। ঙসিমক হৌগৎলক্লিবা নহারোল-শিংগী মরক্তা থকশি খাশি লৈনরক্লিবা, লমচৎ মাঙথরক্লিবা অমরোমদনা অহল ওইবশিংনা লৈবাক খুনাইগী ইসুদগী নাথৈদুনা ধর্ম্ম কর্ম্মদা লুপ্তুনা লৈনরক্লিবা অসিনা জাতি অসিগী মাঙলমচৎকী লম্বীগা, তুংলমচৎকী লম্বীগা শম্নদ্রে তাকপনি। ঙসি মাঙদা তারিবা লৈবাক কায়বগী ৱাফম, ফুরুপশিংগী নুংশি চান্নবা, মীতৈশিংগী শক্তম কনবা অসিগা লোয়ননা জাতি অসিগী তুংলমচৎ অসিবু কনবা ঙমগদবদি মতমগী মীতৈ হায়বদি দায়ত্ব লৈবা নিয়ো মীতৈ পুথোকপা তারকপা অসিনি। লৈমিন্নরিবা ফুরুপশিংগী মনুংদা হেন্না অখাঙ কনবা তারিবা, হেন্না দায়ত্ব লৈবা তারিবা ঙসিগী চপ চাবা মীতৈ অমগী মপু ওইফম থোকপা মগুণ অদু চেলহৌদ্রবদি, ওইরক্লিবা পুৱারীগী অমম্বগী লৈচীলনা কুপশিল্লক্লিবা তাঙ্কক অসিগী ৱারেপ ৱাখৈ পীবা ঐখোয়না কৈদৌনুংদা ঙম্লোই। মমাঙ থক্কী মীরোলনা ঐখোয়গী খুত্তা শিন্নবিরম্বা মণিপুর অদু ঐখোয়না চেকশীন্দ্রবদি তুংগী মীরোলগী মখুত্তা মপোপ কায়দনা ফোঙ ফোঙ শানা শিন্নবা কৈদৌনুংদা ওইথোক্লরোই। মসিবু ওইথোকহনসি হায়রবদি ঐখোয় মীতৈশিং নিয়ো মীতৈ, নিয়ো কবুই, নিয়ো তাংখুল অসিনচিংবা ঙাক্তা ওইহন্দুনা মণিপুরি নেসনেলজিমগী য়াকায়রোল শকমিন্নবা তাবনি। থৌদাং অসি লৈশেম পাথৌনা লৌরকপা হায়বসি লৈবাক্লা শৌগৎফম থোকই। ❑

# মুহরমঃ ইস্রামদা করি খুদোল

মালেমগী মীওইবা খুনাইগী থম্মোয় কায়খিবা নুমিৎ অদু হিজরাগী ৬১ শুবা চহীগী ১০ নি চনবা মুহরম থাজৎ হায়বদি, খৃষ্টগী চহী ৬৮০ গী ওক্টোবর ১০ দনি। প্রোফেট মুহম্মদকি মশুনিপা হুসেন্না করবালাগী তোর্ব্বান লম্পাক্তা থৱায় কৎখিবগী নুমিৎ অসি জীয়ু কুন্নারোলদসু য়াম্না শেংবা নুমিৎ ওইরি। নুমিৎসিদা তাইবঙ শেম্বা মপুনা অদম অমসুং হৱা (ইভ) শেমখি, লোয়নবা জন্নত (স্বর্গ) অমসুং দুজখ (নরক) শেমখি অমসুং কলম হায়বদি, লৌশিং অমদি অফবা নোংদমখোল অমদি, ফত্তবা নোংদমখোল শেমখিবগা লোয়ননা তাইবঙ পুন্সি অসিবু হিংবা অমসুং শিবা নাইহনবগী মপু ইবুংঙোগী তাইবঙ খুৎশেম অদু পুবিরকখি হায়না থাজনরি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসিবু অসুরা হায়না খঙনদুনা মুহরম থাজৎকি ১০ নিশুবা নুমিৎ অসিদা রোজা তৌদুনা চরা হেন্নরি। মসিদা নত্তনা, মুহরমগী অহৌবা নুমিৎ অসিদা মুস্লিম পূম্নমক্কী অনৌবা চহী রনসলাম হৌরি। মুস্লিম খুন্নাইশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা কেলেণ্ডর চৎনরবসু, খুদম ওইনা ইজিপ্ট, সুদান্নচিংবা কোপটিক প্রজাশিংনা খুন্দাবা লমদমশিংদা জুলিয়ান কেলেণ্ডরদা য়ুম্ফম ওইবা কোপটিক কেলেণ্ডর অমসুং অতৈ মফমশিংদা ***জলালি কেলেণ্ডর, গ্রিগোরিয়ান কেলেণ্ডর*** চৎনরবসু, ঙসিমক সাউদি আরবিয়াদা ***হিজরিয়ান কেলেণ্ডর*** অসি ফোর্মেল ওইনা চৎনরি।

শক্লপ্পা ৱারীদি, খালিফা মুৱারিয়ানা নোঙ্গাম্রবা মতুংদা মচানিপা য়জিদনা হৌনবী মীখল অমত্তা পাঙথোকপা তৌদনা দামস্কসদা লৈরগা খালিফা ওইখি। কা হেন্না হরাও কুম্মে পাম্বা য়জিদনা খালিফা ওইবগী মগুণ ৱাৎপা মরম্না সহর কয়ামুক্তা লৈবা শক্লাইরবা মীওইশিং অমসুং ফম্নাইবশিংনা মাবু য়ারমদে। মরকসিদা, অজুবায়রগী মচা অব্দ অল্লাহনা মশামক খালিফা ওইরে হায়না লাউথোকখিবদগী পোফেটকী মশুনুপা হুসেন্না **মদিনা** থাদোক্নুনা মক্কাদা চঙজফম লৌখি। মক্কাদা লৈবা শিয়া ৱাখল্লোনবু কন্না শৌগৎপশিংনা হুসেনবু ইরাক্কী মনুং চন্না লৈবা কুফাহদা লেঙবীয়ু অমসুং মফমদুদা মতেং ফঙ্গনি হায়জরম্মি। ৱাফমসিবু য়ারদুনা হুসেন্না মখুরা আকিলনা পোকপা মুস্লিমবু চেকশিন্না থৌরাং য়াথোক্লগা থাখিরম্মি। অদুবু গবর্ণর উমায়দনা মুস্লিমবু ফারগা হাত্তোকখি। অদুম ওইনমক, হুসেন্না মদু খঙবদগী মাগী ইমুংগী মীওই ১৮ অমসুং প্রোফেটকা অদুঙৈ লোয়নরম্বা মীওই ৩০ য়াওরগা অতৈ মীওই ৬০ গা লোয়ননা খোঙশানখি, কুফাহ তম্না লাকখি। লম্বীদা খালিফা ওইরম্বা উমরগী মচা **অব্দ অল্লাহনা** খোঙচৎ অসিবু তৌগনু হায়না থিংখি।

মসিগী মথংদা, **য়জিদনা** ইরাক্কী গবর্ণর জিয়াদকী মচা উবায়দ অল্লাহদা লাম্মী ৬০০ মতেঙ পাংনবা থারক্নুনা হুসেনবু থিংঙু হায়না য়াথং তৌরকখি। সায়দকী মচা

উমরনা লুচিংবা লাম্মী ৪০০ না হুসেনবু ইরাক্কী মনুংচন্না লৈবা ইউফ্রেটিস তুরেলগী তোৰ্বান্দা লৈবা করবালাদা কোয়শিনখিরম্মী। নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা ৮ নি চুপ্না ঈশিং মরিক অমত্তা ফংহন্দনা হুসেন অমসুং কাঙবুবু লাক্লখি। মায়কৈ অনিগী লুচিংবা অনি ফম্মিন্নবগী খুদোংচাবা ফংলবসু চঙজৌ হায়বসি নত্তনা অতৈ হায়দবদগী, মমৈথংদা মায়কৈ অনি লাম্থেংনখি। অহানবদা আরবকী চৎনবী মতুং ইন্না লম্বা লম্বা থেংনরম্লগা, হুসেন্না সগোল তোংখৎলগা লানয়াইদা চঙশিনখি। ঈখৌরাংবগী মৈচাক্লা ঙৌদুনা পাঙ্গল হন্থরবা হুসেন লানফম ময়ায়দা থব্রায় থাদোকখি। মখা তানা চত্থরকপা মীহাত্তা অঙাং অনি হিংহৌখি। অতৈ নুপী অঙাঙ তুম্না হাৎখি।

করবালাদা চঙজবা হৈতবশিংগী ঈগী ঈখেঙনা লৌখোঙ ওইনা চেনখি। চৈনা খাঙলিবা হুসেনগী হকচাংনা লফু মতুপকুম্না তারিঙৈদা য়েক্লবগী সগোল লাম্মীশিংনা হন্না হন্না নেৎখায়বদগী তোংশাশিং শিংগুপ শানা মচেৎ মচেৎ কেন্দুনা করবালাগী লৈখোমদা তোৎশিন্নখি। হজরট হুসেনগী হকচাং পোলাং অদু খুনগৎপা ঙমদবদগী করবালাদা লৈরোন চনখি। তমথিরবা পুকচেলনা মাঙওইনরগা হুসেনগী তাংজ লুরেল ককখি অমসুং উমায়দুকী খালিফা য়জিদকী মফমদা হৈ-লৈগুম্না কৎখি। দামস্কসদা লৈবা উমায়দ লাইশঙদা মতম কুইনা হুসেনগী লুরেল পোত্থারম্মী। ঙসিদি কাইরোদা লৈবা হুসেন লাইশঙদা মোং হাদনা পোত্থারি। মফম অনিমক শিয়াশিংগী অশেঙবা লাইফম ওইরি। ঙসিদি ইরাক্তা লৈরিবা করবালা অসি ফজরবা সহর ওম্থোকপ্রে। শিয়াশিংনা মোসাদ হুসেন হায়না মিঙ্গৌনরিবা হুসেনগী মোংফম অসি ঙসিদি খ্বায়দগী শেংলবা লাইফম ওইরে। অদুবু বুৱাহিদশিংনা অহানবা ওইনা হিজরা ৩৬৯ দা শারম্বা হুসেনগী চীংলেম্লবা সমাধিগী ফুরা দলানশিং অদু সুনি নিংথৌরেলশিংনা কয়ারক হন্না থুগায়দুনা মাঙ তাকহনখি। মদুনা শিয়াগী ঈহৌ মরু ফুক্লা মাঙহনগনি হায়বসিনি। ঙসিদি অমুক হুসেনগী মোংফম ফুরা মথক্তা অনৌবা ফুরা অমনা কোইরক কোয়না ইনখৎলগা মতোন তুম্না হুইথখিবা চীংলেম্লবা দোম অমা ওইনা ঙাম্থোইরি, লেপ্লি। থম্মোয় কায়রবা থৌদোক অসিনা শিয়াশিংগী মফমদদি খ্বাইদগী মরু ওইবা শাফু অমা পীরি।

করবালাদা থব্রায় কৎখিবশিংগী মফমদা লঙজখিবা মরালশিং অদুনা ঙসিফাও শিয়াশিংগী থম্মোয় ফাঙমদনা লৈরক্লি। কুফাহগী প্রজাশিংনা হুসেনবু লান্না লমজিংখিবা অমসুং অরানবা পাউ পীদুনা মাবু মফমদুদা লুচিংবা ওইবিয়ু হায়না কৌখিবা অমসুং মদুগী মতুংদা কনানসু মাগী মতুং ইনবিনবা থোরকখিদবা অসিমক্লা শিয়াশিংগী থম্মোয় কায়ফম ওইরি। মতম অমদা খালিফা ওইরম্বা আলিগী মফমদা তৌহৈদবা লীচৎ চৎখিবা অদুগুম্বা থৌদৌ অদু অমুক হঞ্জিন্না তৌরকপগী থৌওংনি অমসুং হুসেন নোঙ্গাপ্রবা মতুংদা শিয়াগী ইমামশিংদা পীফম থোকপা তেঙবাং পূম্বা ফংহন্দনবগী শীল্লকপা থৌওংনি হায়রদুনা শিয়াশিংনা নুমিৎ অসিদা লম্বী লমজাওদা

কোয়না চত্তুনা, মশানা মশাবু অশোক-অপন থোকহন্দুনা, মখোয়গী মপাপ কোকচনবা অমসুং মুস্লিম খুনাইগী য়াইফনবগীদমক থৌরম অসি পাঙথোক্লে।

অমরোমদনা, সুন্নিশিংগী ৱাখল্লোন্দা, হজরট হুসেনগী মফমদা লঙজখিবা মরাল অসিগীদমক্তা শিয়াশিংনা কান্নবা লৌই হায়না মরাল শীরি। অদুগুম্বা সফবিদশিংনা চহীচা ১০ দগী ১৬ ফাওবা পার্শিয়া খুদুম চন্দুনা পাল্লমখিবা মতমদুদা থৌদোক অসিবু য়োকখত্তুনা মরন্নাই কান্ননবগীদমক্তা স্কুল লিংবগুম্না শীজিন্নে হায়না মরাল শীরি। মসিদগী মখোয়না শক্তি পায়শিন্নবা অমসুং খুন্নাইগী কাঙলোন অসিগী চূম্প্লিবু খুদুম চেৎনা পায়শিন্নবা শরৌ তৌই হায়রি। সফবিদ-শিংনা শিয়া লাইনীংবু পার্শিয়া ষ্টেটকী ওইবা লাইনিং ওন্থোকখি। করবালাগী লাইবক থিরবা থৌদোকপু পোপথোকহন্দুনা খ্বাইদগী ৱাংবা চাংদা থাঙৎলি অমসুং জাতিগী পুক্লিং ৱাখল ফোঙদো-কফম ওইরিবা করবালাবু মৈরী থোক্লা ঙুং ঙুং চাকহল্লি হায়না পেন্দবা ফোঙদোকই। করবালাবু লেপ্তুনা নীংশিংবতনা অমসুং মখোয়না ঈশিং য়াউম অমখক থকপা ফাওবা অদুগুম্বগী নুংঙাইতবা থৌদোক নীংশিংনদুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লবা অমসুং হুসেন্না শিদ্রিফাওবগী মনুংদা অরাম থৌরাংবগী মৈচাক্লা তৌদুনা খাঙখিবদু হন্না হন্না নীংশিংহনবনা শিয়াশিংগী অপাম্বা ওইরি হায়না চৈরি। সুন্নিশিংনা হায়রি মদুদি, প্রোফেটকী ২ শুবা শুথাঙবু হাৎপা হায়বসি লাইবক থীবনি; অদুবু মসি তমথীরবা পোলোই অমনি হায়না লৌরবসু জাতিগী ওইনদি কা হেন্না শোকপা নত্তে হায়রি। অদুগা করবালাগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকপগী ৱাংমদসু মুহরমবু সুন্নাহগী মতুং ইন্না অশেংবা নুমিৎ ওইবগী অতৈ মরম লৈ, মদু ফাংনরুবগী ৱাতনি হায়রগা থৌদোক্লুবু পীকশিলহন্নিংবগী ৱাফম ফোঙদোক্লবসু লৈ।

মতৌ অসুম্না ইস্লামদা ইমাম ১২ লৈ, মদুগী মনুংদা ইমাম হুসেন মরুওইবা অমনি হায়বগী মতুং তারকপদা করবালাগী লাইবক থীবা থৌদোক খোকখিবগা লোয়ননা ঙসিদি, প্রোফেটকী মতম মুহম্মদতগী লোইখ্রে, মহাক্কী মতুংদা কনাগুম্বা অমত্তনা মপুগী পাউ পুবা লাকখিদ্রি অমসুং লাক্লরোই হায়বা ৱাখল্লোন্না ময়েক লাবা হেনগৎলক্লি। তাইবঙ মপু অমসুং মীগী মরক্তা ধর্ম্মগী ওইবা ৱারম তাক্লবগী মীওইশিং নৎত্রগা পুরোহিতকী থবক ইস্লামদা লৈতে মরমদি, মপুগী মহুৎ ওইনা লাকপনি হায়না ক্লেম তৌবা মীশক নৎত্রগা মহৈকোল অমত্তা ইস্লামনা লিংখৎলু হায়বা লৈতে অসিনি। গবর্ণমেন্ট খুদিংমক্কী চৎন-লীক্লম মীয়ামদগী অয়াবা ওইনা লৌবা খক্তংনি। লৈঙাকপশিংদা করিগুম্বা মখল অমত্তংগী ওইবা লাইনা পীবা শক্তি অমসুং হক লৈতে। রুল ওফ লোগী পনখৈ নুংদগী মপাল থোরকপা য়ারোই। ইস্লাম লোদা কনাগুম্বা অমত্তনা মখোয়গী অপাম্বদু কনাগুম্বগী মথক্তা মপুগী মিং শীজিন্নদুনা চৎনহন্নবা করিগুম্বা অয়াবা অমত্তা লৈতে অসিনি। মরম অদুনা,

খালিফা, উলেমা, মুল্লাহশিংনা হায়বা পূম্বা লাইগী ওইবা ৱাহৈ নত্তে। প্রোফেটকী সুন্নাহ নৎত্রগা কুরানগী ৱাখল্লোনগী মায়োক্তা থবক তৌরবদি মদু ইস্লামিক ওইদে হায়না য়াদবগী নীংতমজবদু মীপুম খুদিংগী লৈ। অসিনা মরম ওইদুনা, কনাগুম্বা মীয়াম্না খল্লবা মীহুৎ অমদা নৎত্রগা প্রোফেটকী চাথাঙ শুথাঙ অমদা লাইগী ওইবা লীক্লমচৎ অমত্তা শিন্নখিবা লৈতে হায়বা খুনাইগী অৱাংবা নৎত্রগা চয়েৎনরবা পুন্সিরোলগী থাক অসি, হজরট হুসেনবু তমথীনা শাইরেল চনখিবা মুহরমগী অতোপ্পা পাউজেল অমসু ওইরক্লি। ❑

# জুন ১৮ গী ঈহৌ

ইং কুমজা ২০০১ জুন ১৮ দা থোকখিবা মণিপুরি মীয়ামগী ঈহৌ মণিপুর পুৱারীগী লামায়দা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌরগদবা থোইদোক হেন্দোক্লা মরুওইরবা নুমিৎ অমনি। ইঙাগী ২৭ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তু নোং কন্না তাবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদনি, কনানসু হৌনরুবা তৌদনা ইম্ফাল সহরগী লম্বীশিংদা মণিপুরগী মীয়াম্না থোক্লরক্লুনা মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই হায়বা খোল্লাউ লাউখিবা, মীয়ামগী ঈহৌ শাগৎখিবা। এনএসসিএন (আইএম) অমসুং ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টকী শান্তিগী ৱারীনা মণিপুরগী ঙমখৈদা অকায়বা পীরকপদগী জাতি অসিগী অশাওবগী মৈনা মৈজাও ওল্লকখিবা অমসুং জাতিগী তুংকোইবা ঈহৌগী পৱার হাউস ওইবা মৈবী মৈয়োকফম পোকখিবা নুমিৎ ওইখি, মালেম্মা খঙখি। শান্তিগী ৱারী অসিবু মণিপুরগী মীয়াম্না শৌগৎনরবসু, ইং ২০০১ জুন ১৪ বেঙ্কোক ৱারীদা *'ৱিডাউট টেরিটোরিয়েল লিমিট'* হায়বা ৱাহৈশিং পন্দুনা মণিপুরগী ঙমখৈ লানশীল্লকখিবা অসিগুম্বা অরানবা থৌওংনা মণিপুরি জাতিদা কাইহৌরকখিবা থৌওং অসিবু চপ চানা শীঙনখিবা নুমিৎনি। জুন ১৮ গী নুমিত্তুদা মরৈবাক নীঙবা মীওই ১৪ গী পুন্সি লোমখি। জাৎ কাঙলুপ নাইবা ইণ্ডিয়াগী লান্মী সিআরপিএফকী মখুত্তা পুন্সি পোন্থা পীখি। মতুং তারকপা নুমিৎশিংদা লেপ্পা লৈতনা চত্থরকপা মীয়ামগী ঈহৌদা অতৈ অতোপ্পা অথৌবা অথৌবী মরিগী পুন্সি পোন্থা পীখিবা অমসুং অতৈ কয়া অমনা শোক্লুনা পুন্সিবু শোইনাইহনখ্রবা মণিপুর পুৱারীদা মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবা থৌদোক্লি। জাতি অসিগী ময়েক শেংবা তুংলমচৎ লৈহন্দুনা তুংকোইবা পান্দম ফংনবা চঙশীনবগী লম্বীদা পুক্লিংগী থৌনা হাপ্লিবা, ইর্নজি পীরিবা অথৌবা অথৌবীশিং ঙসিগী মণিপুরি জাতিনা থমোয় শেংনা ইকায় খুম্নবা উৎলি, মখোয়গী মফমদা জাতি অসিনা কোক নোল্লি।

 *কর্টসী : সঙাই এক্সপ্রেস, ১৫।৬।২০০৬* 

নুমিৎ অসিবু ***ওল মণিপুর য়ুনাইটেড ক্লবস ওর্গেনাই-জেসন (অমুকো)*** অমসুং ***য়ুনা-ইটেড কম্মিটি মণিপুর (য়ুসি-এম)*** না মণিপুর মীয়ামগা লোয়নননা তোঙান তোঙানবা থিমদা থৌদোক অসিবু য়ুনিটি ডে অমসুং ইন্টেগ্রিটি ডে হায়না পাঙথোক্নুনা লাক্লি। থৌরমশিং অসি চাউনা পাঙথোক্লরি। অয়ুক পুং মঙাদগী হৌনা তোঙান তোঙানবা লাইনীং লাইশোনগী থৌরমনচিংবা পাঙথোকপা হৌদুনা অথৌবা অথৌবীশিংগী মফমদা কোক নোনবগা লোয়নননা হৈ-লৈ কৎপগী থৌরম পাঙথোক্লরি। য়ুসিএমগীদি নুমিৎ অসিদা ***'ডি গ্রেট জুন অপরাইজিং ডে'*** পাঙথোক্লি য়ুসিএমগী ৱাখল্লোন্দা থৌরম অসি হৌখিবা চহীশিংদগী হেন্না মরু ওই হায়না লৌরি। মসিগী মরমদি ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্ট অমসুং এনএসসিএন (আইএম) অনীগী মরক্তা শানরিবা শান্তিগী ৱারী অসি অরুবা তাঙ্কক অমদা লাক্লি। তোঙান তোঙানবা মায়কৈ অমসুং থাক কয়াদগী মখোয়গী দাবী ফংননবা য়াম্না কন্না হোৎনরক্লি। ইংলেণ্ড, য়ুনাইটেড ষ্টেটসনচিংবা মপান লমগী পার্লিয়ামেন্ট মেম্বরশিংগী থাক য়ৌনা মখোয়গী ডিপ্লোমেসি চখখিবা অমসুং মখোয়গী অকনবা প্রেসর ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টদা পীরকপা লৈরব্রা হায়বগী ৱাফম লৈরে।

য়ুসিএমগী ৱাখল্লোন্দা হায়রিবা শান্তিগী ৱারী অসিবুদি থমোয় শেংনা শৌগৎলি। অদুবু শান্তিগী ৱারী অসিনা মণিপুরগী ইন্টেগ্রিটিবু করিগুম্বা মওং অমদা শোকহল্লকপা য়ারোই হায়বসিনি। মরম অদুনা য়ুসিএমনা তৌগদবা খ্বাইদগী অরোয়বা থবক্তি চীংমী তম্মী মীয়ামগী থমোয় কোনশিনবগা লোয়নননা মণিপুরগী ইন্টেগ্রিটি শোয়দনা ঙাক্লনবা, কন্ননবা হোৎনবদা অখাকপা লৈরোয় হায়বসিনি। মরম অসিননি, জুন ১৮ গী ইন্টেগ্রিটি নুমিৎকী থৌরম অসি য়াম্না মরু ওই হায়রিবা অমসুং মসিবু অঙন্না থাক্তা নীংথিনা পাঙথোক্নুনা মণিপুর মীয়াম পুম্নমকপু ভাব তামিন্ননা, মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈনবগীদমক্তা হন্দক্কী থৌরমসিদা হোৎনগনি হায়রিবা।

অমরোমদা অমুকোনা জুন ১৮ বু **য়ুনিটি** ডে হায়না ৱাহম্লোক লৈবা মওংদা, থবক ওইনা চখবা য়াবা মওংদা পাঙথোক্নুনা চীংমী তম্মী মীয়ামগী থমোয় থমোয়গী অমত্তা ওইবা মরীনা লীপুন ওইহল্লগা অপূনবা শক্তম শাগৎপগী মঙফাওনহনবা নুমিৎ অমসুং মদুবু পান্দম ওইনা চঙশিনবগী নুমিৎনি হায়না থৌরম পাঙথোক্লক্লি। খোল্লাউ অসি পীবদা নত্তনা চীংগী ফুরুপ খুদিংমক্কী মফমদা চত্নুনা পৌরোন লোনশীনপ্রবা মখোয়গী থোঙশিং হাংদোক্লবা থোঙ থীন্দুনা লাকখিবা অমসুং পূন্না হিংমিন্নবগী য়ুম্ফমদা অফ-ফত্ত কয়ামুক তান্ন-তীক্লদুনা লাকখিবা থৌদোক কয়া অসিনা থৌরম অসিবু হেন্না ৱাহম্লোক লৈহল্লরি। অমুকোগী ৱাখল্লোন্দা, চীংমী তম্মীগী ফুরুপশিং অসিগী মরক্তা পূন্না হিংমিন্নবগী লীপুন অসি তৎপ্রবদা মণিপুরগী তুংলমচং লৈত্রে হায়বসিনি। মতাঙ অসিদা অমুকোনা অতৈদগী মোত খেন্নরবসু হিমালয় চীংজাওগুম্না অরেপ্পা লৈনা ফিরেপ লৌরিবা

ৱাফমদি, করিগুম্বদা কনাগুম্ববু ঈথিল পীদুনা নৎত্রগা, নম-হাবগী থৌওং য়াওনা অপূনবগী শক্তম পূরক্লবা হোৎনগদবা নত্তে। মীয়ামগী থমোয়বু য়াহনবা ঙমদনা ইন্টেগ্রেট তৌনবা হোৎনবা হায়বসি ওবজেক্টিব ওইবা য়ুম্ফম নত্তে। থৌওং অসিনা কাঙলুপ নাইবগী অমসুং মীওই খরখক্কী অপাম্বগী মায়কৈরোমদা হেন্না চঙশীনখিদুনা পাল্লিবা অপূনবগী পান্দম অদু ফংবা ঙম্লোই হায়না অমুকোনা থাজে অসিনি। মরম অদুনা, পূন্না হিংমিন্নরকপা ঐখোয় পূন্না থেংনমিন্নবনা তুংলমচৎ লৈবা জাতিগী লাইবক পুরক্কনি হায়বা ৱাফম অসিনা চুম্বা তারবদি চীংগী থমোয় খোন্না করিগী থবক পায়খৎ লোইদৌরিরবনো হায়বসিনি অমুকোগী ৱাখল্লোন।

অমুকোনা য়াম্না হকচীন্না লৌরিবদি, অসিগুম্বা মণিপুরগী মীয়াম্বু মচেৎ মকায় তাহন্নবা হোৎন-রিবা, মশেল খৎনহন্নবা হাত্তোকনহন্নবা হোৎনরিবা খ্বাইদগী চাওবা শক্তিদি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কি। নাগা-কুকি, নাগা-মীতৈগী মরক্তা খল শান্নদুনা খাইদোক-খাইজিল শান্নরিবা, উংখৎনহল্লিবা অমসুং মণিপুরগী ঙম-খৈদা অকিবা পীরক্লিবসি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লোনগী মহয়নি। করিগুম্বা ফীভম অমত্তনা কায়হনবা য়ার-রোইদবা মণিপুরগী ঙমখৈদা অকীবা পীরক্লিবা, মশেল উংখৎনহল্লিবা অসিদগী কনশি হায়রবদি মশক লোৎলগা খল শান্নরিবা অচৌবা শক্তি অসিগী থৌশিল অসিবু চপ চানা থেংনগদবনি, ঐখোয় পূন্না থেংনমিন্নগদবনি হায়বসিনি।

শন্না হায়রবদা, অমুকোনা চঙশীল্লিবা লম্বী অসি হোরায়জন্টেল অসপেক্টনি। ঙমখৈ কন্নবা হোৎনবা খক্তনা য়ারোই, মীয়ামগী থম্মোয়গী ঙমখৈবুনা হেন্না মরুওইবা ঙমখৈনি অসিনি। মসিদি, মণিপুরি জাতিনা তাল্লিবা পান্দম অসি ফংনবা হোৎনবদা অদুমক য়াওজখ্রে হায়বনি। ঙমখৈ খক্তমক ফক্তুনা লৌননবা হোৎনরগা লমদমসি খাম্বী মৈহৌদুনা উং-ওনশ্রবদি মদু জাতি অসিগী পান্দম নত্তে হায়বসিনি। ভর্টিকেল অসপেক্ট ওইনা ঙমখৈ কন্নবখক্কী, পূনশীন্না লৈনবা (ইন্টেগ্রিটি) খক্কী চঙশীনবদি মজিনেল ওইবা, তুংকোইবা ৱাংপা খোঙথাংনি হায়না অমুকোনা লৌরি। ইন্টেলেকচুয়েলশিংগী ৱাখল্লোনগা অমত্তা ওইবা অসিগুম্বা খোঞ্জেল অসিগী পাউখুমদি মরী লৈনবা মায়কৈ খুদিংমক্তগী লাক্তবা য়ারোই হায়বসি অমুকোগী ৱাখল্লোন ওইরি।

তশেংনমক মণিপুরগী মীয়াম্না য়ুসিএম অমসুং অমুকোগী থৌওংশিং অসিগীদমক চাওথোকচনিংঙাই ওইরি। লূপ অনীনা চত্থরিবসি লম্বীদি অমত্তনি অদুবু অতেনবা অশাঙবগী ৱাখক্তনি হায়বা য়াই। লূপ অনীনা কন্না হোৎনবগুম্না, জুন ১৮ গী ঈহৌ অসিনা মীয়ামদা ইর্নজি পীহন্দুনা হেন্না পুক্লিং থৌগৎহনবা অসিনা অচুম্বা ওইগনি। মসিনা জাতিগী পান্দমগী মরুওইবা খোঙথাং অমা ওইগনি। ঐখোয়গী ঈরক্তা খেন্নবা কয়া লৈবা য়াই অদুবু ঐখোয় পূম্নমক্না অমত্তা ওইনা য়ানরিবা ৱাফমদি, চীংতম শেত্তোক-খাইদোক্লবা য়াদবা মরীগী লীপূন্না পুল্লিবনি। পাৎকা লাইজগা লৈনবা

মরীদুনি, চীংদোলগা চীংখোঙগা লৈনবা মরীদুনি। লীপূন অসি চেৎশীন্নবা হোৎনবা হায়বসি ঙসি হিংলিবা মীরোলগী থৌদাংনি। ঙসিগী মীরোলনা হিংলিবসি চহী লীশিং কয়াগী পৱারীনা পুথরক্লিবা মণিপুরি জাতিগী পান্দম অদু মপুং ফানা ফংনবগীদমক্তনি। মদুগীদমক্তনি হৌখিবা ইপা-ইপুশিংনা চহী তরেৎ খুন্তাকপদা, এংলো মণিপুরি ৱারদা পুন্সি পোম্থা পীখিবা। ঙমখৈনবু কায়রবদা, মণিপুরি নেসন ষ্টেটকী লীক্লমচৎনবু তৎলবদা করিবু য়েংলগা জাতিগী থমোয়বু করম্না ফাথগদগে ? ❑

# মণিপুরগী ম্যুজিয়মশিং

মীওইবা ফুরুপকী অশেঙবা মীহৌরোলদি ম্যুজিয়ম্মা ইরি। ঙসিসু মফম অসিদা মীহৌরোলগী মৈবা চিংলি। পুথাঙগা শুথাঙগা মরী শম্নহল্লিবা থৱায় লীরুংসু ম্যুজিয়ম্মা কন্না পায়রি। মুৎহৈদবা কাঙখুল কন্ননবা ম্যুজিয়ম্মা লাইওইরবা উ অরিবা লাইবক কৎলি। শুথাঙ মরু ফৌদিসু ম্যুজিয়ম্মা হুল্লি। মপা মপু খঙজরবা মতমদা থৌনা পাঙ্গল লাকচৈ হায়নরিবা হনুমানগী লঙ্কা চোংফমদু ম্যুজিয়মদা ওইরি। লৈবাক্কী ওইজখ্রগে হায়বশিং মফমসিদা লাক্তহৈদে, থৌনাগী ঈফুৎ ফংদহৈদে।

মণিপুরদা ম্যুজিয়ম পুন্না নিফুমুক লৈরে। ডিপার্টমেন্টেল ম্যুজিয়ম ১২না সরকারগী লোয়শঙশিংদা লৈপ্রে। সেন্ত্রেল ম্যুজিয়ম অমা ইম্ফালগী তাকয়েল পাৎতা ৱির্ভস সেন্টর ওইনা ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ টেক্সটাইলগী মখাদা লৈ। ষ্টেট সরকারগী ম্যুজিয়ম অনিদি মোইরাংগী *আই এন এ ৱার ম্যুজিয়ম* অমসুং ইম্ফাল পোলোগ্রাউন্দগী মখাথংবদা লৈরিবা *মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম* অনী অসিনি।

প্রাইভেট ম্যুজিয়ম ১০ লৈরি অদুদি (১) *অন্দ্রো পোত্তরি সেন্টর, অন্দ্রো*, (২) *উখ্রুল হুমফুং ম্যুজিয়ম*, (৩) *উখ্রুলগী কোইরৈ ম্যুজিয়ম*, (৪) *লংথবাল খৌবুম ম্যুজিয়ম, লংথবাল*, (৫) *মুতুৱা ম্যুজিয়ম, কৈশামপাৎ ইম্ফাল* ,(৬) *ম্যুজিয়ম কম-কম্যুনিটি হোল, মাও*, (৭) *মক্রাই রাবু, মখেল* (৮) *ম্যুজিয়ম ওফ মণিপুর এডভেঞ্চর এন্দ এল্লাইড স্পোর্টস ইন্সটিট্যুট, কৈরাও*, (৯) *ওরিয়ন্ট ম্যুজিয়ম, টমেংলোং* (১০) *পুরুল লিভিং মুজিয়ম, পুরুল* (১১) *ককচিংগী পিপলস ম্যুজিয়ম*, (১২) *রাগাইলোং ম্যুজিয়ম, খৌবুম* (৩) *মোইরাংগী থাংজিং ম্যুজিয়ম* (৪) *চুরাচান্দ্রুরগী দি ইনপি কলচরেল ইন্টিগ্রেসন কম ত্রাইবেল ম্যুজিয়ম* (১৫) *শগোলবন্দ তেরা খুরাইজম লৈরক্কী, নোংথাঙ ম্যুজিয়ম* (১৬) *শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দগী ট্রাইবেল ম্যুজিয়ম এন্দ রিছার্চ সেন্টর*, (১৭) *উখ্রুল লুংঘর খুলগী রনশক শিম লিভিং ম্যুজিয়ম* অসিনি।

য়াম্না নুংঙাইহিরিবদি, ম্যুজিয়ম অমা লৈরম্লবদি মথৌ তৌরম্বা অদুম থেংনবা অসিনি। লন্নাই ওইরো, সরকারগী ওইরো, অইবনা থেংনজরুবা অয়াম্বদি অদুম থবক তৌরম্মী। *উখ্রুলগী রনশক শিম লিভিং ম্যুজিয়ম* অসিমক তাংখুল (রাফৈ)গী থাঙ চুঙ্গোই, জগোইগী লুহুপ, কালং শিমগী কোকথোন, থুম্মোক, চফু, উদা হুকপশিং, লৈতেংশিং, ইমুং মনুং অমসুং লৌউ-শিংউগী থায়না শীজিন্নরম্বা পোৎলমশিং খোমজিনবগী থবক তৌরি। মুতুৱা ম্যুজিয়ম কৈশামপাৎকী কলেক্সনশিং য়াম্না ফজনা তৌবা মীয়াম্না মুন্না খঙনরি। ম্যুজিয়মসিগী মনুংদা উবা ফংলিবসি মণিপুর অমসুং য়ুমলোন কৈরোন্নবা লৈবাকশিংগী অরিবা শেল ময়েকশিং, থায়না মীতৈ নিংথৌশিংগী শেংলম চারম্বা ফিজেৎ লৈতেংশিং, উমং লাইগী থৌরমশিংদা চৎনরম্বা অরুবা পোৎলম কয়া লৈ। *অন্দ্রো খুন্নৌগী পোটরি সেন্টর, সেনাপটি জিলাগী পুরুল লিভিং ম্যুজিয়ম* অসিসু মুতুৱা ম্যুজিয়ম কৈশামপাৎনা ইং ১৯৯১ অমসুং ১৯৯০ ওক্টোবর থাদা মথংশিংনা লিংখৎখিবনি। *পুরুল লিভিং ম্যুজিয়ম* না খোমজিল্লিবা মাও মরাম পাউমৈ ফুরুপকী কলচরেল হেরিটেজ কয়াসি মমল নায়দ্রবা ম্যুজিয়ম কল্লেকসন ওইরি।

মণিপুর সরকারগী মখাদা *ডিরেক্তরেট ওফ আর্টস এন্ড কলচর* না সুপরভিজন তৌদুনা ইং ১৯৬৯ সেপ্টেম্বর ২৯দা লিংখৎখিবা *মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম* অসি খ্বাইমক্কী লীরবা অমসুং চাউরবা ম্যুজিয়মনি। মসিদা খুৎশেমগী পোৎলম অমসুং আর্টসকী হীরমদা মচং ওইবা কল্লেকসন লৈরে। শীঙথাবা য়াবদি, শেক্তা চীঙদুমদগী ইং ১৯৯৮দা ফংখিবা মীওইবগী কোক্কী শরুক অদুনি। হিষ্টরিয়ানশিংদা লংলা লংজিল অমা শোয়দনা পীরগনি। হন্দকসু চৈরাও চীংদগী সনাগী খুজাই, চীঙলাই ওইনা সনানা হক্তুনা শাবা মপাক অমা, সনাগী মায়খুম, সনাগী থাকলনচিংবা চৈরাওচীঙগী লৈনুংদগী ফংখি। লুপা লাখ লিশিং ৬৪ হেন্না ডিপার্টমেন্টনা খরচ তৌখি হায়রি। য়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি।

অহানবদদি মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম অসি এনথ্রোপোলোজিকেল ম্যুজিয়ম ওইনা লিংখৎপনি। হৌজিক্তি মপুং মরৈ ফারবা মলটিপরপজ ম্যুজিয়ম ওইরে। মসিদা *ইথনোলোজিকেল গেল্লরি, নেচরেল হিষ্ট্রি, আর্মস এণ্ড আরমর* অমসুং *আর্টস এণ্ড ক্রাফটস গেলরি* হৌজিক লৈরে। শীংথাবা য়াবদি, ভোপালদা লৈবা *নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ মেনকাইন্দ (ইন্দিরা গান্ধি রাস্ত্রিয়া মনব সংগ্রালয় ম্যুজিয়ম)*না লুপা লাক্ষ ২১ হন্দক থাদরক্তুনা ফজ ফজরবা মমল য়াম্লবা *শোকেস* ৫৯ চনবা ইথনোলোজিকেল গেল্লরি শাবা লোয়খ্রে। মদু হৌখিবা জনুৱারী ২৯দা শঙ্গাখ্রে।

মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মা পাঙথোকখিবা থবকশিংগী মনুংদা শীঙথানিংঙাই ওইবা খর পনবা য়াই। মরী লৈনবা ফোটোগ্রাফশিং, তাম্রপত্র, সার্টিফিকেটশিং, মেদলশিংনা অখণ্ড অহৈশিংদা লংলা লংজিল কয়া পীবা ঙমখি। য়াম্না শীঙথানিংঙাই ওইবদি, ভোপালগী *নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ মেন কাইন্দ ম্যুজিয়ম* অসিগী মফম অমদা মণিপুর কলচরগী সাইট

ওইননবা মফম অমা ফংবসিনি হায়বা তাই। ভোপালগী ইন্দিরা গান্ধি রাস্ট্রিয় মানব সংগ্রালয় ম্যুজিয়মগী এক্কর ২০০ পাক চাওবা *শমলা চীংগী* মফম অমদা মণিপুরগী উমং লাই হরাউনবা, লাইশং পাক্কা শঙলেন শাবা ওক্লবা মফম কল্লে। মফম অদুদা উমংলাইগী খুভম লীংখৎতুনা সনা কোনুং পন্দিত অচৌবা ঙরিয়ানবম কুল্লচন্দ্রগী লমজিং মখাদা হৌনবী ঈরাৎ থৌনিরোল চত্থদুনা লাইগী পাকা শঙলেন শাপ্রে। য়েলহৌঙৈগী লাইনীং লীচৎকী হৌনবী, মীওইবা ফুরুপকী নেচরেল অমসুং কলচরেল হেরিটেজ কয়া অসি মথ্বায় হাপ্লবগী লৌখৎলকপা থৌশিল অমা ওইনা মণিপুর ষ্টেট মুজিয়মনা মফম অসিদা ফংলিবা ফিদা অসি অরায়বা নত্তে হায়না লৌনৈ। মফম অসিদা চহী খুদিংগী মণিপুরগী কলচরেল হেরিটেজগা মরী লৈনবা থৌরম পায়খৎনবগী প্রোগ্রাম তৌদুনা লাক্লি। লিরবা লায়নীং নাৎকা মরী লৈনবা মীওইশিং অমসুং আর্টিষ্টশিং পুদুনা মফম অসিদা হন্দকসু চৎকদৌরি হায়না তারি। হৌখিবা চহীশিংদসু উমং লাই হরাওবগা মরী লৈনবা, লাইনীং নাৎকী অখণ্ড অহৈশিং আর্টিষ্টশিং মফমসিদা চৎতুনা থৌরম পাঙথোক্লু রবনি। উমং লাইগী খুভম লিঙবগা লোয়ননা পাকা শঙলেন শাবদা নীংথিনা মতম চঙনা অমসুং মীতৈ য়ুমশগী চৎনবী মখা পোন্না চত্থদুনা শাগৎখ্রবনি।

মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মনা মপান্দা উৎলুবশিংগী মনুংদা ভোপালগী ম্যুজিয়ম অসিগা পুন্না শীনমীন্নদুনা কেরলাগী কোলামদা পাঙথোকখিবা *অস্থমুদি ফেষ্টিবেল* শীঙথাবা য়াই। *হেরীটেজ নোর্ঠ ইষ্ট ইন্দিয়া* হায়না উৎখিবা মেলা অদুদা মণিপুরগী থায়নদগী চৎনরক্লবা হেরীটেজশিং হায়বদি, লম্মাং তুহাংদা পঙহৌ হৌবা হীদাক পাম্বী মখল ৫০, লাইশংশিংগী ফোটোগ্রাফ, তোঙান তোঙানবা মখলগী পাফলশিং, লাই হরাওবা, থাঙ জগোই, কোট-লাম, বসন্ত রাসনচিংবা উৎখিবগী মীয়াম্মা শীঙথানখি।

*হৌখিবা চহীগী* জুন ৫-১২ দা '*রজিব গান্ধি সেন্টর ফোর কলচর*' না শীল লাঙদুনা ষ্টেট ম্যুজিয়মদা পাঙথোকখিবা কলচরেল এপ্রেসিয়েসন কোর্স অসি পনবা য়াই। লমদমসিগী হৌরক্লিবা অনৌবা মীরোলশিংদা মণিপুরগী কলচরেল হেরিটেজগী ব্রাখল পীদুনা কলচরেল হীষ্টরি চূশীলহন্নবা হোৎনদুনা মখোয়গী হৌরকফম অমসুং মশাগী ফুরুপ মশক খণ্ডজনবা পান্দম তৌদুনা থৌরম পাঙথোকপা অসি অফবগী মশক্লি। অদুবু কোর্স অসিনা করিগুম্বদা নেসনেলিটি উৎপগী মতাঙদা য়েলহৌঙৈগী কলচরেল হেরিটেজ নীংথিনা উৎপগী মহুত্তা লম্মখাঙদা শাফু কন্না চেনশিল্লকখিবা হিন্দু লাইনীং নাৎনা পীরকখিবা খাংভুথক্কী কুয়োম অদুদা হেন্না মীৎয়েং থম্বা মানখিবগী ব্রাফম অসিদি পূক্লিং থৌগৎনীংঙাই ওইদে। মদুনা চহীচা কয়া লমদমসিদা হিংমিন্নরক্লবা চাঁঙমী তম্মী ফুরুপশিংগী মরীদা শাথিনা শোকহন্নিংঙাই ওইরিবনি। ❑

# লৈবাকনীংবা থৌরম্মা পীরিবা পাউজেল

মালেমগী পুৱারীদা লৈবাকনীংবা থৌরমশিংনা খুনাই মীয়ামদা পীরিবা শাফু লৈরবা পাউজেলনা লৈবাক্তুগী পুৱারী ঈচেলগী মায়ওন লেপখিবা অসি তত্তনা থোক্লিবা ৱাফমনি। জাতি অমবু নমথবগী,শক্তি মুন্নবগী নংত্রগা মপানগী শক্তিনা খুং-চঙলকপগী মায়োক্তা মরৈবাক মজাতিবু কন্দবা য়াদে হায়না মঙক য়োন্দুনা চোংথোরকখিবা অথৌবশিংগী ফিদমনা স্কুল ওইদুনা লৈবাক অদুগী পুৱারী ঈচেলগী মরায়বক লেপ্লিবনি। নমথবা হেল্লিবা, মীওৎ মীনৈ হেল্লিবা মফমদুমক মাঙলমচৎকী মনীং মখা তম্মা লৈরকপা লৈবাক নেসন ষ্টেটকী করেক্টর লৈজরক্লবদি মফমদুমক্তদা লৈবাক্কীদমক্তা থৱায় পাম্মুবা লৈতনা কখোকফম ওইদুনা লাকই। মজাতিগী শক্তম ঙাকপদা, পামদবা লৈঙাক থেংনবদা পাম্মুবা লৈতনা থৱায় কৎপা ঙম্বশিংদি লৈবাক অসিগী লৈহাওদা নাপীনা ময়োল চোংদুনা হন্না হন্না হৌবগুম্মা লৈবাকসিদা হন্ন হন্না পোক্লকখিগনি হায়বসি লুচিংবগী ৱাখলদা অমসুং মীয়ামগী ৱাখলদা চেংনা থাজনৈ।

আগষ্ট ১৩গী মণিপুরি অথৌবশিংনা লৈবাক্কীদমক কখোকখিবগী নুমিৎ অসি ঙসিগী মীরোলশিংগী মফমদা কয়াদা মমল নাইদ্রবা খুদোল ওইনা থম্বীরল্লিবনো! মায়থীগনি খঙনা খঙনা অচৌবা শক্তি অমগা লাম্ন্থেংনখিবা, নোংমত্তা ওইরবসু নুমিৎ তাবা লৈতবা বৃটিশপু মায়থিবা পীদুনা মখোয়গী লৈঙাকপা ফম্মাইবশিংনা মণিপুর লৈঙাক্তা লাল্লে হায়না চঙজহনখিবা অদুগুম্বা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং অদুনা কখোকখিবা অসিগুম্বা থৌরম অমা পাঙথোকপা ফংজবা অসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো ! পোকপগী মহয় য়ানখ্রবা অদুগুম্বা ইপা ইপুশিং অদুগী ইকাইকুম্নরবা মরল অদু তুংগী মীরোল ওইহৌরিবা লাইবক ফরবা ঐখোয়না কায়-কায়দুনা চারকপসি কয়াদি কুইরে। ঐখোয়গী তমনিংবদা তম্বা য়াবা, হৈনিংবদা হৈবা য়াবা স্কুল অসিগী মপান্দগী ঙসি ঐখোয়না ইমা লৈবাক নুংশিজবগী কংবা নাইদ্রবা ঈচেলদা ঈরুপ্লা ফংজরিবনি। ঈচেল অসিদা ইকায় খুম্নবা উৎলিবমখৈ ঈচেলগী ঈথক ঈপোম হৌগদৌরিবনি, ঈচেলগী মপুন্সি হেনগদৌরিবনি। অমুকসু জাতি অসিগী লোইবা নাইদবা ঈচেল তমখিদবা অদুগুম্বা ঈথক মচা মচাশিং অদুসু ঙসিগী লাইফম অসিদা ঈরুপলিবশিং অসিনি। মালেমগী মাঙলমচৎকী ঈহৌগুম্মা চীংলৈবাক অসিগী লৈহাওদসু লৈহৌরমগী নাপীনা শাহৌ ফনা হন্না হন্না হৌবগুম্মা মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা হন্না হন্না পোক্লুনা হন্না হন্না শিজগে হায়বা কনসেপ্ট অদু পীরিবা মমল নাইদ্রবা স্কুলনি। ৱাখল্লোন অসিমক্লা লৈরীক ওইদুন াজাতিগী পুৱারীগী শিয়োম্মুংদা তাওজিং হৈরু পালহন্দুনা জাতি অসিগী মদু নিংথৌ ওইনা শারেপ তালহল্লিবা মমল য়াম্নবা লাইফমনি।

তশেংবমক ঐখোয়গী ঈরৈবাক ইজাতিবু নুংশিজবগী পুকচেল চাওরবা গুণ অসি পোকপদগী লোয়নরকপা ঙাক্তা নত্তে। পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা-নুংঙাইগী থৌদোক্সা লোয়ননা অসিগুম্বা লৈবাক্কী থৌরমশিংনা শাফু পীদুনা পুন্সিগী থুপ্লবা কয়াৎশিং অমসুং লৃ-তোংদা নপ্তুনা লোৎলিবা *'মীওইবগী শক্তি'* অদুবু মকা লামহনবনি। মাগী মাগী থাজনবা অমদি হৌন লীচৎকী মতুং ইন্না পুন্সিগী শারেপ মঙাল তানখৎলকপা মতমদা লেপ্তুনা চেঙ্থোক চেনশীন তৌরিবা ঈ মরীগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা নুংগী লীপূন অমনা মফমদু য়ৌশিনখিদুনা মরৈবাক মরমদম নুংশিজবগী খোঙকাপ লৌজরকপনি, পূক্লিংদা থুক লাইখিবা মফম অদুদা মজাতিগীদমক নুংশিবগী অমসুং কখোকপগী য়ুম্ফম থোনখিবনি। ঈরৈবাক ঈরমদমগী অক্রম অয়াং থাংমিননরিবা ঈরৈচা ঈরুপলোয়শিংনা মহাউ তংজরিবা অকোয়বগী ফিভম, ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং লম্মিৎ তুমিৎকী লৈই অমত্তংনা কোয়শিল্লিবা অশংবা লবুক লম্মাঙ, চীংশাং নাপোম, মহৌশা লাইরেম্বীগী ইমুং-মনুং, তোঙান তোঙানবা পুন্সি মহিংগী মরক্তা মান্নবা অমত্তা ওইবা পুন্সিগী শক্তমনা শাওং শাদা মান্নবা মীয়াম্বু মপূম তাশীল্লিবনি। হায়রিবা নুং পানগী ওইবা মচাকশিং অসিনা শুন্দ্মৎলিবা থৌওং অসিবুনি মরৈবাকপু নুংশিজবা হায়বদু। ইচম-চম্না নুংশিজবা অসিগী মথক্তা অসিগুম্বা তাঙলবা থৌরমশিং অসিনা নুংশিবগী চাং হেলহন্দুনা কখোকপগী থাক ৱাংহল্লিবনি।

মীওইনা পোকপা মপোক্কীদি মসিনা মরোয়রে। মসিদগী হেন্না মমল লৈবা লনথুম অমমুক লৈত্রে। থাক অসি য়ৌরক্লবদি, মসিগী মীৎয়েংগী মখাদনি,লৈবাক্কী মীপূম খুদিংবু খেৎনবা লৈতনা নুংশিবা ঙমলিবা। পূন্নমক্তগী থোইরবা নুংশিবা মনুংশি অসিনা ছাতিন ওইরগা মদুনা কাঙলুপ নাইবা, চিহৈ নাইবগী নোংলৈ নুংশিৎ, নোংজু নুংশা ঙাক্লগা মদুগী মুরুমদা অতৈ নুংশিবশিং য়েন্নীং মমীৎ থোক্লনা য়েন্নিং ময়োল চোংলিবনি। করিগুম্বদা কনাগুম্বনা পুন্সি অসিদা নীংবা কায়না অরেম্বদা পুন্সি পোলোইবগী মতাঙ পান্নবদি, মদুগী মহুত্তা নীংজবা পূক্লিং থুংনা পুন্সিগী পোলোই পান্নবদি মদু মরৈবাক নুংশিজবা নীংজবা হায়বসিনা থুংহনবা ঙম্মি। ৱাখল্লোন অসিমক্লা ঙসি মালেমগী জাতিশিংনা পীক্লবসু পীক্লা মপাঙ্গল ফুদোকপা ঙল্লিবনি, পীকচবগী মতীক মথৌনা ফৃদোকপা ঙল্লিবনি।

অসিগুম্বা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবগী ঈচেলনা অশেঙবা মশক ওইরক্লুনা কখোকপগী চাং য়ৌনরক্লবদি লৈবাক খুনাই অদু মতমগী অহোংবা অওনবা ঈচেলদা শোয়দনা য়াওফম থোকই। মসিমক্লনি ঙসিগী মণিপুরি জাতিগী চিরবা তানফম অসিদা শুক্লা মমলবা খোঙদাফম মাঙপ্পবা তাংলৌ অহিংগী মতৌগুম্না মমশিল্লক্লিবা তাঞ্জা অসিদা কদোমদগীনো কদায়দগীনো খঙদবা মশেক মঙালশিংনা জাতিগী লম্বী উৎলকপগুম

তৌরিবা অমসুং লূরবা জাতিগী থমোয় কোন্দগী (আর্কিক লেবেলদগী) অরোয়বা খোঞ্জেল থোরকপগুম্না তুমখুন হুল্লস্বা নোংশা মচাশিংবু নাশোন পীক্লা হৌদোক্লরিবা। তাঙ্কক অমগী মণিপুরি জাতিগী মতীঙ মথৌনাবু থমায় চল্লমদুনা হীরম খুদিংদা তাংজবা পুক্সি মহিংদা লেলহল্লমবগী থাক অদুবু ঙসিদি তেমশীংনহন্নবা, জাতিগী থমোয় পৌরোন শৎননবা খোঙগী নাতৈ কাঙহল্লিবসি অতৈ কনা নত্তে, অথৌবশিংনা কথোকখিবগী মমলননি। অৱা চৈনা পুদুনা লৈহৌরিবা পেন্দ্রবা ঙসিগী মীরোলনা অথৌবশিংনা পামজরম্বা ফিদম অদুগী পীফম থোকপা পাউখুম পীরক্লবনি, অথৌবশিংগী থৱায় মীরেল চূপশিনখ্রবা জাতিগী শেংলবা নুমিৎ মমল লেপ্পনবা থৱায়শিংনা ইনিল-ঈৱায়রকপনি।

মতাঙ অসিদা থোইদোক্লা পনবা য়াবদি, থৌরম অসি ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা মমৈথঙদা পাঙথোক্লবসু মদুগী মমাঙদা মরৈবাক নুংশিজবা মীওইশিংনা লমজীংদুনা পাঙথোরকখিবা অমসুং ঙসি-ঙসিমক খুনাইগী লূপশিংনা লমজীংদুনা লৈবাক মীয়ামগা লোয়ননা পাঙথোক্লিবা অসিনি। মসিমক মণিপুর পুৱারীনা চীখবা ঙম্লোইদবা থোইদোক্লা শীঙথাবা য়াবা থৌওংনি। ইং১৯৫০গী ময়ায় চল্লকপদা মতম অদুগী লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংলবা নহারোলশিং অমসুং অহল লমন খরগী মপূক্লিংদা মতম কুইনা ফোংনা নীংশিংবা ঙম্লদ্রবা অথৌবা মরৈবাক নীংবা মণিপুরগী পুৱারী শেম্লকখিবশিংগী মফমদা তৌবীমল উৎনিংবগী ঈহুল ফাওনরকখি। এক্স এমপি, এন তোম্বীনা (মতমদুনা এমপি ওইদ্রি) সেক্রেটরি ওইরগা লৈখিদ্রবা লৈমপোকপম গুনি, ঙাংবম জুগোলচন্দ্র, হিজম নিমাই, চিত্রেশ্বর, বিরেন্দ্রকুমার, ব্রজচান্দনা মেম্বর ওইরগা আগষ্ট ১৩ গী নুমিৎসিদা ঙসিগী নীংশিং উরোং খিল্লিবা মফমসিদা পাঙথোকখিবা অসি ঙসিদি চীখবা য়াদ্রবা পুৱারী ওইহৌবে।

মরম অদুনা শেংলবা নুমিৎ অসিনা পাউজেল পীরিবশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবদি অপূনবা জাতি অমা শাগৎপা অমসুং লুচিংবা য়োকখৎপা অসিনচিংবনি। ঙসিগী ঐখোয়গী ফিভম অসি য়েংলুবদা হীরম খুদিংমক্তা হায়নীংঙাই লৈতনা শোখরবা, মবুক চুমদনা লৈঙাক ৱায়েল্লিবা, অনী অহুম থোকপীগী লায়না অসিনা খুনাইগী লাইচৎ ওইরকপগী কিনিংঙাই ওইরবা তাঞ্জা অদুনি। মরম অসিনা খুনাই অসিনা ইকায় খুম্নরিবা লুচিংবশিং, য়ায়তোং-ফমদোংবা, লাইরিক হৈবশিংগী মরক্তা হিহোন মান্নদবা, খুৎপু শেম্নবা অমদি থাজনদবগী লায়নানা উংলিবা খুনাই অসি হান্না লায়েংদ্রবদি মান্নবা লীচিঙনা পুনশিন্দুনা হেক্তমক চূমশীন্নগনি হায়বসি ওইথোকপা য়ারোইদবা ৱাফমনি। তীনজঙ-কায়জঙদুনা নারবা মতীঙ য়াউদ্রবা খুনাই অসি লায়েংবগী মহুত্তা অনীশুবা খোঙজোম লান থেংনবা মতম চাদ্রি। ❑

## লৈঙাকপশিংনা য়োকখৎপা

# লাম্মীগী মীওৎ মীনৈ

অচৌবনা অপীকপশিংবু তুহৎপা, অকনবনা অশোনববু শেৎ-শেৎতুনা চাবা,খুৎলায় পায়দবা মীচম প্রজাবু খুৎলায় মতিক চানা পায়বা লাম্মীনা ওৎ নৈবা-হাৎপগী শাজৎ অসি দিমোক্রেসি, সেক্যুলরিজম, গান্ধিবাদ, অহিংসা, বেদান্তগী ভারত খুন্নাইদা মরাং কায়না উবা ফংই। অচৌ মচা নাইবা, অমাং অশেং খায়বা, কাংলুপ নায়নবা ঈচেল অসিগী ঈহৌরকফম মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবদি ভারত ওইদুনা লাকই। মরম অসিনা শকচু তিন্নদবা অৱাং নোংপোক্কী লমদমদা থারক্লিবা ভারত লাম্মীগী নুংগী ৱাখল্লোন অসি কাঙলুপ নাইবা ভারতকী অদর্শনা ঈথিল পীবগুম তৌরি। মখোয়গী ৱাখল্লোন্দা ***য়ুনিটি ইন ডাইবরসিটি*** হায়রগা মেনলেঙু ভারত খক্তগী মীৎয়েং ওইবনা মখোয়গী তুংলমচৎকী ফীভমবু আসা চাউহল্লি। মরম অদুনা লৈবাক মীয়াম্বু ঙাক শেন্নবা মেন-লেন্দ ভারত্তগী থারক্লিবা ভারত লাম্মীনা মীয়ামদা ওনশিন্দুনা নোংমৈ কাপহন্নবগী মরম ওইরি।

অসিগুম্বা থৌওংসিদা কেন্দ্র অমসুং ষ্টেট লুচিংবশিংনা কনখৎপা অমসুং য়োকখৎপা অসিসু ভারত লৈঙাক ৱায়েলগী থাক অমনি। শাগৈ জাৎ য়েংনা খা-ৱাং, মনিং মমাং নাইনা মীচং মীচং হুপচিন্নদুনা ফমদোং ফম্নাইহন্নবগী থৌওং অসিনা লাম্মী ওফিসারশিংনা অথোই নাপল কাদুনা তৌনিংবতা তৌনবগী মরম ওইহল্লি, ৱাথোক লাম্থোক খুদিংগী মীচঙ কনখত্তুনা ফমদোঙনবগী লম্বী পীরি। দিমোক্রেসিগী মতোঙ চুপহৌরগা মরু হুন্দোকফম ওইরিবা অৱাং নোংপোক লমদমদা মরীল ফুদোকপা ঙম্বা লাম্মী ফম্নাইবশিংদা সার্বিস প্রোসপেক্ট লৈহনবা অমসুং ***য়ুনিটি ইন দাইবরসিটি***গী প্রোবেসন কোর্স ওইহনবগুম্বা থৌওং অসিনা অমুবা আইনগী মরুম থুপ্তুনা লাম্মীগী মীওৎ মীনৈনা মণিপুরবু লেপ্পা লৈতনা মনীং তম্না, থিংবিনবা কনা লৈতনা লাঙ্গোয় চনশিন্দুনা লৈবা তারি।

হৌখিবা নবেম্বর ২দা মালোমগী লৌখোং পুম্রি মপান্দা আসাম রাইফলসগী নিপালশুবা বাটালিয়ন (মাইবম লোকপা চীংদা লৈবা)গী কাঙবুদা মশক খঙদবশিংনা বোম অমা পোকখায়হনখিবগী মরীদা মীচম ১০ হাৎখিবা অতৈবুনা ফু-চৈখিবা থৌদোক অসি মীওইবগী থমোয়না খাঙবদা ৱারগদবা মীওৎ মীনৈগী শরুক অমনি। মীওইবনা চৎকদবা লীচৎ নত্তে, য়াম্না পাঙদবগী থবক্লি । মরায়বক থীরবা মীওইশিংদুগী মরক্তা থৌনা ফবগী নেসনেল এৱার্ডি সিনাম চন্দ্রমনি য়াওখি। মাগী হেক ময়াম্বা রোবিনসু য়াওনা হাত্তোকপিখি। মখোয় অনীনা আই কার্ড অমমম পাইদুনা শিরম্মি। অতোপ্পা অনিনা কলম অমমম পাইদুনা শিরম্মি। চন্দ্রমনিবু পোকপা ইমাগা হেক পোকমিন্নবা ইমাবোকসু হাৎতোকপীরম্মী।

য়াম্না নুংঙাইতবদি, আই কার্দ, কলমনচিংবা উত্তুনা শক্তাক্লনা শিরম্বদুনি, অমসুং অয়াম্বনা মকোক্তা কাপথৎলম্বা অদুনি। চোইথোরকপা মরুনা পানগনি

হায়নিংঙাই লৈতবা, য়াম্না নক্না হিংচা য়াইতম্বগী মওংদা তমথিনা হাত্তোকপীরম্বা অসিনি। য়াম্না ইকাইনিংঙাই ওইবা লাম্লীগী মীহাৎনি।

মতাঙ অসিদা পনফম থোকপদি, পঞ্জাব-কাশ্মীরগী লানহৌবশিংনা মপা মমা হাত্তোকপিব্রবা মরাইবক থীহৌরবা লাম্নী ফম্নাইবমক ওইদুনসু লাম্লীশিংনা অসুক তমথিবা লীচৎ চৎকদবা নত্তে, মসি ঈশ্বরগী মীৎয়েংদা তৌহৈদবা অমনি। তুংদা নীঙমদবগী মৈরিনা ব্রাইদুনা পুন্সি পোলোইদা পোত্থাফম খঙলোয় । ঈশ্বরগী মিলদি তপ্পনি, তৌবদবু চেংদি শোয়দনা থোক্কনি। নুংশিজরবা মতু মচা ইম্ফালদা লৈদুনা ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা নুংশিথোইরবী চীঙ লৈবাক ইমাগী শেংলবা ঈশিং নুংশিংনা য়াই থাদুনা মখোয়বু শুম্হাৎলমগনি, মখোয়না তমথিরবা শা-ঙানা চৎকদবা অয়ম্বা লীচৎ অসি য়ানিংলম্মোই।

মিলিটেন্টশিংগী এটেক্তা ভারত লাম্লীশিংনা খুৎলায় পায়বা মশেল মায়োক্লবগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌবগী মহুত্তা খুৎলাই পায়দবা মীয়ামদা ওনশীন্দুনা মীচম হাৎপা, মীওৎ মীনৈ চত্থরকপা অসিগী ব্রাহম্ভোক করিনো হায়বদু ঙসিদি খুন্নায়গী থাক্তা খন্নফম তোক্লে, লৈবাক্কী ফীরেপ লৌফম থোক্লে। হন্দক্কী থৌওং অসিনা অহৌবসু নত্তে, অরোইবসু ওইরোই। মরমদি অসিগুম্বা থৌওং অসি ভারত লাম্লীনা লমদমসিদা লীশাং শিংনা চত্থরকপা অমদি চত্থদুনা লৈরগদবা থৌওং ওইরি। ঙসি ঐখোয় হিংলি হায়বখক্তা ঙায়রে, কৈদৌঙৈ ফাও হিংদুনা ঐখোয় লৈগনি। মীপুম খুদিংমক্না হংনরিবা ব্রাহংনি। অসিগুম্বা থৌদোকসি থোক্লক্কনু কনানা হায়বা ঙম্বা! থোক্লক্তবদি ওইসনু। ঙসিনা মালোমদা থোক্লি, হয়েংনা কদায়দা! করিবু খেৎনরিবগে হিংবগা শিবগা মণিপুরীশিংগী মফমদদি! ষ্টেট টেরোরিজমগী অকিবনা ঐখোয়বু লাঙ্গোই চনখ্রে, হামচেৎ হাম্পোইনরবা ঐখোয়বু থমাইশিল্লক্লে। শিখিবগী নুংঙাইতবদা নত্তবা, মণিপুরীশিংবু উশিৎ থওইদবগী, লম্মন খুম্লিংবগী পুন্সি মশক অমা মণিপুরীশিংদা ভারতনা খুদোল তৌবিরক্লি।

মীওৎ মীনৈগী থাম্মোয় কায়রবা পুব্রারীনা অনৌবা মীরোলশিংদা ফোঙদোকফদ্রবা অরোনবা ব্রারী লীদুনা লাক্লি। *সিআরপিএফনা পাৎশোই লাংজিংদা (১৯৮০) মীয়াম হাৎখিবা, রেপ তৌখিবা, মীওই-মীনৈ চত্থখিবা; সিআরপিএফকী হৈরাঙ্গোইথোং মীহাৎ (১৯৮৪)দা মীচম ১১ শিখিবা, রিমসতা (১৯৯৫) সিআরপিএফনা মীচম মাপল হাৎখিবা, টোনসেন লমখাই (১৯৯৮) মীহাত্তা মীচম ১০ শিখিবা, আসাম রাইফলসনা কৈথেল মানবীদা (১৯৯৮) মীওৎ মীনৈ চত্থখিবা অসিনি। সেনাপদি জীলাগী ওইনামদা আসাম রাইফলসনা (১৯৮৭) চীঙমী খুঞ্জা ১৫বু তমথিনা ওৎ-নৈবীরবা মতুংদা আর্মি কষ্টদি মনুংদা হাত্তোকপিখি, নুপীশিংগী ইকাই খুম্নবা মাঙহন্দুনা তমথিনা শরাক তম্বীখি, মীরোল্লবী নুপী অমবুনা মীয়াম মাঙদা ফোংনাঅঙাং উন্নহনখি। পীক্লিবা অঙাং য়াওনা খুঞ্জা ১০০ রোম্বু নুংশি হৈতবা মওংদা ওৎ নৈবিখি। ইং ১৯৯৪ মে ৯দা নাগা লালহৌবশিংনা আসাম রাইফলসকী ওফিসার অনী হাৎখিবগী মরীদা য়ুন্নক্তা টুইঞ্চ মোর্টর বোম কাপশিনখি, মীচম অহুম শিখি, কয়া অমনা শোকখি। ইং ১৯৯৫ আগষ্ট ৭তা তমেংলোং জীলাগী নামতীরম, অবুরাম, সরাম্বদা রাজপুটনা রাইফলসনা নুপী ২০মুক ইজ্জৎ মাংহনখি, খুঞ্জা ৬০বু তমথিনা*

*ওৎ নৈবিখি। মীওৎ মীনৈগী থম্মোয় কায়রবা ৱারী শীঙবুল্লক্তা ইং ১৯৮৬ জুন ২৬তা উখুল ডিষ্ট্রিক্ট ঙাইমু খুলদা লৈশাং তন্নীবী তাম্বুল চনুরা লুইঙস্লাবু কেপ্টেন মন্দির সিংহ অমসুং লেফটেনেন্ট সঞ্জিটদুবে অনীনা শরাক তম্বগা লোসননা শা-ঙাগী লীচৎ চত্তুনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংতোকপিখি। মখান খুনগী মরাল লৈতবা প্রজাশিং হাৎপিখিবা, ওজা রিভরেন্দ আশুলি হিংনা মউন খোক্তুনা হাৎপীখিবা কাউবা ঙম্লদ্রি। ইং ১৯৭৪ মার্চ মরিগী অহিংদা ঙাপ্রুম খুল্লেন্দা বি এস এফনা খুল নৈখায়রগা মেজর পুন্দির অমসুং কেপ্টেন নাগী অনীনা তাম্বুল চনু মোং হাদ্রবী শকচু পান্না চঙখোল্লবী চীঙনুংদা শাৎপী তাম্বুল গুলাব লৈ রোজবু নম্ফা ফারগা মফি মরোল শিং নান্না লৌথোকপীরগা মৈঙাল থাঙ্গৎতুনা পুং ৫রোম শরাক তমদুনা ফদী ফরাগুম নোইথৎতুনা থম্বীরমখি।* নোংঙাল্লগা চনু রোজনা বুংপা খুলদা লৈবা মশাবী ষ্টোনগী মফমদা চিঠি অমা কপ্পা কপ্পা মপোক লাংওনসিমগী কায়নরসি হায়না ইরম্লগা থৌরী য়ান্দুনা শিখি। চিঠিদুনা মরোল লোল্লম্মী : "কল্লক মীহৌবগী শহুম্না থল্লবা তাইবং পুন্সি লৈকোয়পুং অসিদা লৈখোক অমত্তদা পুন্না লৈশাং তম্মিন্নবা ফংদ্রবসু কায়নবা নাইররোইদবা শেংলবা অতোপ্পা মফম অদুদদি ঐখোয় অনী পুন্না লৈশাং তম্মীন্নগনিকো। হৌজিক্কী তাইবংপাল মপোক অসি থাদোক্লগা চৎখিবী ঐগীদমক্তা নহাক্কী থাম্মোয়দা নুংনাংবা ৱাখল খল্লনুকো। নুংঙাইতবা অমসুং নীংঙমদবগী নোংলৈ নুংশিংনা নৈহৎলবী ঐগী পুন্সিনিনা অসিগুম্বা খোঙথাঙ অসি তঙায়ফদনা লৌজবনিকো। .... নিঙোল চনুরা অমগী পুন্সি লমখাঙদা পীখমনবা তারেদকো, নীংঙমখিদ্রেদা .. নুংশিবা!" লৈখোক্তগী নৈথৎপীরম্লবী চনু রোজবু লৈখা তাহনবগীদমক্তা খুদক্তা কনবা ঙমহৌদ্রবসু লমদমসিগী মবুংশিং, মপল মতোলশিংনা মমৈথংদা মরু খুল্লকখি।মতমদুগী রেজনেল পার্টি অমগী চীফ মিনিষ্টর আলিমুদ্দিননা পুলিস আইজি মদনগোপালদা "ঐ মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরনি, কদায় ভিল্লায়দু ........." হায়রগা মপান্নোম পায়রদুনা সেন্ট্রেল পেরা মেলিটরি ফোর্সকী মেজর পুন্দির ফাহনখি, দন্দি ফংহনখি।

অদুবু কদায়, ঙসিগী মরু খুনবীনবা ঐখোয়গী লুচিংবশিং ! মৈশা লাংহৌরবা ইমুং মনুংগী মরী মতাশিংগা লোয়ননা অৱাবা শরুক য়ামিন্নদুনা মীওইবগী থমোয় পানবগী, লুচিংবা অমা ওইবগী হৌনবী তৌফম থোকপা তৌনবা হোৎনবা লুচিংবা কনাবু লৈরিবগে ? মসিবু কয়ামুক ওইথোকপা য়াদবনো ? মদুগী মহুত্তা কর্ফিয়ু নুমিৎ নিনি থমজিন্দুনা লৈবাক মীয়ামগী পেন্দবগী খোল্লাউ নমথগে হোৎনরি।ওফিস, স্কুলনচিংবা পুঙলেপ লেপহন্দুনা মমল য়াম্লবা মতম কয়াদা মাঙহনখ্রবা! কর্ফিয়ু থেঙনা লাউথোকপদগী খঙদদুনা থোকচরকপা মীয়াম্বু মণিপুর পুলিসনা য়েক্লবগুম শা-ষণ তানবগুম অউ-অউবা ফুগায়রকপা, মথৌ চৎচবা পাউমী ফাওবা ফুগায়রকপদগী মণিপুর পুলিসকী মকোক্লা মেডিয়া কম্যুনিটিতা লাল্লে হায়জহন্দুনাপুলিসকী মোরেল লৈখা তানা চিংথরি। মসিনা তাকপদি, লুচিংবা শাবশিংনা লাম্নীগী মীওৎ মীনৈ থেংনবা ঙম্লোই হায়বসিনি। সরকার কায়দ্রগা লোইরে হায়না খনবা, মচিন্না ফাওবা হায়বা ঙম্বা নকলি লুচিংবশিংনা ফম কোন্দুনা লৈরিবসিনি। মসি মণিপুরি জাতিগী ইজ্জৎ য়োম্হোকপনি।

মরম অদুনা ঙসি মণিপুর খুন্নায়গী খম থেংনা শোকচিনহল্লিবা অমোৎপা রাজনীতিগী ঈচেল চেন্থহল্লিবা, নহারোলশিংগী পুক্লিংদা লৈতাফম খণ্ডল্লিবা, লান হৌরিবগী মরম খুদিংমক রাজনীটি তৌবশিংনা থোকহনবা ঙাক্তনি। মীচম কয়াগী পুন্সিবু খুৎলাই পায়বশিংনা শান্নপোৎকুম্না মখোয়না নীঙলকপা মতমদা হাৎপা ঙমহল্লিবা, লাম্নীনা লাঙ্গোয় চনখ্রবা লমদম অমগী মরাইবক ওইহল্লিবা ***আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱার এক্ট (১৯৫৮): লাইসেন্স টু কিল এন্দ সুট*** অসিসু লমদমসিগী রাজনীটি তৌবশিংনা পুশিল্লকখিবনি। এক্ট অসি লৌথোক্লবগী দায়ত্বদি লমদমসিগী রাজনীটি তৌবশিংগী খুত্তা শিন্নফম থোকই। খুন্নাইনা মখোয়বু লেম্না থাফম শুংথোক থোক্তে। হৌজিক হৌজিক্কী রাজনীটি তৌনরিবসি করম করন্না মখলগীনো, কমদৌনরিবনো হায়বদু কুপ্পা মুন্না য়েংশিনফম থোক্লে। কৈদৌরুনি, ইজ্জৎ অমদি মীয়ামগী থৱাই কনবা ঙমদ্রবা রাজনীতি! হৌজিক্তি, মালেমদা লৈরিবা চীফ মিনিষ্টর পুম্নমক্কা অনৌবা মঙাল ফংদুনা ভাব তারমদবদগী তারক্তুনা গোবিন্দদা শঙ্গোম ফনা কত্তুনা খুরম্লবসু কৈদৌনুংদা লাক্লরোইদবা মালোম মীহাৎকী পেন্দ্রবা থৱাই মিরেল তরানা মণিপুরি জাতিগী তুহৎ নৈহৎপীরবা ৱারী শীংবুল অসি তুংগী মীরোলশিংদা অমসুং মালেমগী মীয়ামদা লীহৌবা তারি। ❑

# ঈ-পাউ ফংজনবা হক

ঙসি ঐখোয় ইনফোর্মেসন রিবল্যুসনগী চহি-চা অমদা হিংলি। অওইবমক রিবল্যুসন কয়া ঐখোয়গী অকোয়বদা থোক্লরি, হেন্নসু থোক্লকখিনি। স্পেস রিবল্যুসন, বাইওটেক্নোলোজিকী রিবল্যুসন, ইনফোর্মেসন রিবল্যুসন ...। হংলিবা ৱাহংদি, মালেমগী য়াঙলবা খোঙজেলদা ঐখোয় য়াওরিব্রা ? মিৎ নাকোং ওইবা ইনফোর্মেসনগী হক ফংদ্রবদা মিত্তাংবা নাপঙ ওইনা মীওইবা খুন্নাইগী মরক্তা থোং মান্নদনা হিংলিবসি ইশানা য়ানিংব্রা ? মসিবু মালেমগী রিবল্যুসন্না মেনখৎপা ঙম্লরোইদ্রা ?

***য়ুনাইটেদ নেসন্স ওর্গেনাইজেসন*** পোকখিবা ১৯৪৫ ওক্টোবর ২৪, নুমিৎ অসিমক্তদা ***'ৱার্ল্ড দিবলপমেন্ট ইনফোর্মেসন দে'*** থৌরম তৌই। পাউ-চে, লাইব্রেরি, সিনেমা, রেডিও, টেলিভিজন, প্রেসনা ইনফোর্মেসনগী কয়াৎ ওইদুনা হিংলকই। মালেমগী লৈবাক পুম্নমক থোং মান্ননা চাওখৎমিন্নবগী পান্বে ওইনা মথৌ তৌরকই। অমরোমদনা লাইব্রেরি, সিনেমা,রেডিও, টেলিভিজন্না ত্রেজরি বেঞ্চতা ফম্লগা ভারত লৈঙাক্লোনগী অশোইবা কুপশিন্দুনা মগুণ শোন্দুনা লাকই। মতম অদুদা পাউ-চে অয়াম্বদি ওপোজিসন বেঞ্চতা ফম্লগা মীয়ামদা ঈ-পাউ য়েল্লকই। চাওখত্তবা লৈঙাক্লোন্না মচিন মেনখিবা কয়ানি, মুখৎখিবা কয়ানি।

মালেমগী ফম্বাক্তা ইং ১৯৬৫ ফাওবদা ইনফোর্মেসনগী য়াঙলবা লমজেলনা মালেমগী জাতিশিংগী মরক্তা মনিং মখা তম্না চেঞ্জদুনা অমসুং চাওখৎপা থিস্থহৌরবা লৈবাকশিংনা মাস মেডিয়া শীজিন্নদুনা অপঙবা, লাইরিক হৈতবা মুখুৎনবা 'মতমগী খুনাই শাগৎনবা পান্দম' য়াৎখি। মসিদা সমস্যা কয়া অমা মায়োক্লখি। রিবল্যুসন অসিগী শীঙনবা কয়া থোরকখি। য়ুকে, য়ুএসনচিংবা নোংচুপলমগী মেডিয়াশিং অমদি ঈ-পাউগী লুপশিংনা চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংগী মথক্তা শাফু কন্না নম্থরকখিবগী সমস্যা লৈ। চাউখৎত্রিবা লৈবাক্কী সরকারশিংনা মাস মেডিয়া কন্ট্রোল তৌবসি নোংচুপ লৈবাকশিংনা য়ানিংদে। সরকারগী মথক্তদি চৈবা অদুগা খুন্নায়গী হীরমশিংদদি শৌগৎপা (য়ু এস সিষ্টেমগুম্না) সরকারনা কন্ট্রোল তৌদবা মেডিয়া কাঙলোনশিং অসি চাওখত্তবা লৈবাকশিংনা খঙবা ঙমজদবগী সমস্যা লৈ। হায়বদি, মালেমগী মচি অমদা ইনফোর্মেসন সাইন্সনা লমজেল য়াংনা চেনখ্রবসু ভারতকী ওপোজিসন বেঞ্চতা ফমলিবা প্রেস অমদি অতৈ ঈ-পাউগী কয়াৎশিং অসি সরকারনা ফগৎহনবা হৈতবগী, চুম্না য়েংবা হৈতবগী সমস্যা লৈরি। নোংচুপ লৈপাকশিংগী ইনফোর্মেসন সাইন্সকীঅকনবা ঈপোম্না অহুমশুবা মালেমগী লৈবাকশিংদা চৈথেং পীরকপগী সমস্যা লৈ। অদুনা মালেমগী অনৌবা শেনমিৎলোনগী থকশি-খাশি থম্নবগী মরিদা ইং ১৯৭৪দা UNESCO না ব্রারেপ লৌদুনা অনৌবা মালেমগী ***ইনফোর্মেসন ওর্দর*** লিংখিবা লৈ। মখাতাবা ওইনা ইং ১৯৭৬তা নাইরোবিদা ফমখিবা জেনরেল কনফরেন্সনা UNESCOগী ডিরেক্টর জেনরেল ***অমাদৌ এমএম বৌদা*** মেম্বর ১৬কী কম্মিসন অমা শেমদুনা মদুদা নোবেল পিছ প্রাইজ অমসুং লেনিন পিছ প্রাইজ অনীমক পুল্লপ ফংখ্রবা আইয়রলেন্দ মচা মেক ব্রাইডপু চিয়ারমেন হাপ্তুনা ইনফোর্মেসন ওর্দর শেম্নবা হোৎনখিবগী শাংলবা য়ু এন প্রেসেস লৈখ্রে। থার্দ ৱার্ল্ডনা নোংচুপকী ঈ-পাউ লুপশিংদা মখা পোনবা মরম্না থার্দ ৱার্ল্ড মশানা ৱাফমসি লেপচনবা মশক অমা ওইনা মশাগী লমদমদা মশানা য়েংজনিংবা মওংদা য়েংজনবা, ঈ-পাউ পীনিংবা মওংদা পীজনবা মশানা প্রোসেস তৌহনবগী রিকমেন্দেসন ফাওবা তৌখি। অরীবা য়েলহৌঙৈগী খুনায়না মতমগী ওইবা খুনায় অমা ওইরক্লবগী মায়কৈ লেপ্পদা মাস মেডিয়ানা অমত্তা ঙায়রবা লম্বীনি হায়বসি মালেম্না থবক ওইনা উৎলরি। লমদমসিগী ট্রেডিসনেল মেডিয়ানচিংবনা ঐখোয়বু অসুম্না ঈথিল পীরি।

ৱাফম অমনা, ওফিসকী চে চৎপদা খুদক্তা লোইশিলহৌদ্রবা কেশশিংদা থাজনিংঙাই লৈতবগী তীল চংবগী ৱাফম লৈরি। মীয়াম্না ঈ-পাউ খঙজনবগী হক ফংজদবা মরম্না ব্যুরোক্রেসি অমসুং শেঞ্জা থুমজাগী খুবামনুংদা কেশ অদুনা হেক্তা চঙশিনখি। বৃটিশনা মতম শাংনা পাল্লিঙৈ মতমদালৈঙাক ৱায়েলবু ফদিগুম্না শুপ্পগা মখোয়গী শেন্দোং তান্নবা ওফিস কনফিদেন্সিয়েল হায়না অরোনবা ঙাকপগী মায়খুম অমনা ভারত মীয়ামবু কুপশিন্দুনা লাকখি। বৃটিশকী ওফিসিয়েল সিক্রেটস এক্ট ১৯২৩ সেক্সন ৫ হৌজিক ফাওবা মপোপ কায়দনা ভারতকী ওফিস শঙলি, গনতন্ত্রগী মায়োক্তা লৈরি। এক্ট অসিগী মখাদা

চিঠি, ফাইল, দোকুমেন্ট অমবু হেক্তা কনফিদেন্সিয়েল ওইনা লৌই। মীয়ামগী মীৎতা শুকউ উহনদে। মদুগী মরুমদা বৃঠিশ এথোরিটিশিংনা শেঞ্জা থুমজা, শক-মায় য়েংবা, ৱারোল চমন্নহনবা, ফম্নাইবা সাহেবশিংনা মীচম ওৎলি। এক্ট অদুনা চুঙ্গোই ওইদুনা মদুগী মরুমদা ফমনাইবশিংনা থুপচনবগী লাইরৈবাক শেমই। অরোনবগী মিংদা ফম্নাইবশিংনা তৌহৈদবা কয়া ইরায় লায়না পাওথোকই। এক্ট অসিনা কেশ অমগী অশেংবা ইনফোর্মেসন ফংজনবা ষ্টেটস রিপোর্ট পীবা য়াহন্দে। শেংনা হায়রবদি, গনতন্ত্র অমসুং ৱেলফিয়র ষ্টেটকী অচুম্বা ৱাহন্থোক্লা এক্ট অসিগা চান্না-চিন্না লৈমিন্নবা ঙন্নোই। মসিদি লোইলম লৈঙাক্কী, মীনাই নাইথাংগী চারোল শুরোলনা মীচম ওৎপা নুংঙাইনবগী য়ুথর্লনি। ঙসিমক শেঞ্জা-থুমজানা নোংম মোংমগী মপাল মরা তানা লোয়শঙশিংদা, রাজনিতিগী থাক খুদিংমক্তা খুন্দা লৈতারিবসি বিলাট দেবগী বর অসিগী মপান্ননি।

ঈ-পাউ মতম চানা ফংজনবগী হক অসি পীদ্রিমখৈ মীয়ামগী মীহুৎনা ঙাকপা অশেংবা লৈঙাক অমসুং অচুম্বা লৈঙাকলোন লৈবা ওইথোক্কে। লৈবাক্কী লৈঙাক ৱায়েলদা মীয়াম্না মপুং ফানা শরুক য়াবা ঙমলোই। ফমনাইবা বাবুরাজনা মীয়ামবু ওৎপীবদগী কনসি হায়রবদি হক অসি পীবা তাই। গনতন্ত্রগী লৈঙাক পথাপ অসি দায়ত্ব লৈহন্নবা, মীয়ামগী থাজবা ফংনবা, মনুং-মপান ফাওনা উহন্নবা পান্দম লৈরবদি হক অসি পীবা তঙাইফদে। মসি ফংহল্লবদি শেঞ্জা থুমজা,লোন্না-থুপ্না লৌতুনবা মরম চাদনা থিন্থহনবা, রেদ টেপিজম কলচর মরু ফুক্তোকপাঙমগনি, অমসুং ৱাকৎ কয়া চেন্নরিবা ৱাথাকশিংথুনা য়েংশিন্দুনা থবক ঙম্বা লৈঙাক ৱায়েল অমা পুরক্কনি।

নোংচুপকী লৈবাক অয়াম্বদা হক অসি ফংহল্লি। য়ুএসদা '***সনসাইন এক্ট (১৯৭৬)***' লৈবনিনা ফেক্ট খুদিংমক করিগুম্বা মওং অমদা লোৎশিনবা ঙমদে। কনাগুম্বনা খঙবা পাম্লবদি নেসনেল সেক্যুরিটি নৎত্রগা কনাগুম্বা মী অমগী অরোন-অথুপ নৎত্রবদি ফেক্ট খুদিংমক সরকারগী এজেন্সিশিংনা তাক্তবা য়াদে। কনাডাদা '***একসেস টু ইনফোর্মেসন এক্ট***' চৎনৈ। মদুগী মখাদা ইনফোর্মেসন কম্মিস্নারনা নুমিৎ ৩০গী মনুংদা অপাম্বা ৱাহংগী পাউখুম পীগনি হায়বা লৈ। লৈঙাক ৱায়েলগী দোকুমেন্ট, ফেক্ট খঙনিঙলবদি স্বিদেন, অষ্ট্রিয়া, জর্মনিনচিংবগী মীয়াম্না খঙজবা য়াই। এক্ট অসিনা অয়াবা পী। অসুম্না চাওখৎলবা লৈবাক অয়াম্বনা হক অসি মীয়ামদা পী। ***য়ুনাইটেদ নেসন্স দিক্লারেসন ওফ হ্যুমেন রাইটস***কী মতুংইন্না মীপুম খুদিংমক্না মেডিয়াগী খুথাঙদা ঈ-পাউ অমসুং ৱাখল্লোন থিবা ফংবা অমসুং পীবগী হক লৈজে। ***রাইট টু ইনফোর্মেসন***না লৈবাক্কী ঙাকশেল, মপান থৌরম অমসুং নেসনেল সেক্যুরিটিগী ৱাফম নত্তনা পব্লিক দোকুমেন্ট য়েংবা য়াহল্লি, শিন্দোকপা অমসুং সার্টিফাইদ কপিশিং ফংবা য়াহল্লি। মঙাশুবা পে কম্মিসন্না ***ওফিসিয়েল সিক্রেটস এক্ট*** চৈখিবদু নীংশিংবা য়াই। "সরকারনা চথরিবা থবকশিং অমম্বদা মাঙহল্লে অদুগা লোন্না থুপ্না তৌবা অসিবু ওফিসিয়েল সিক্রেটস এক্টনা আইন্না অয়াবা পীরবগুম ওইহল্লে। মথৌ তারক্লিবা হায়ববু ঈ-পাউকী হক অদু ফংহনবসিনি। মদুগী মখাদা মীয়াম্না ফংজরিবা হক অদুদি, সরকারগী ফিরেপ অমা হেক লৌশ্লবা মতুংদা করি চথরি হায়বসু শেংনা খঙজবদুনি।

অমরোমদসু হক অসি পীদ্রবদি নাগরিকী নীংতম্বা মপুং ফাদে। লৈঙাক ব্রায়েলগী মরিদা নাগরিক অমনা খঙজগদবা মীওইবগী হক অদু মৎপীবা অমনি। মসি ফংহনবতনা মীচম মীয়াম্বু ফম্লাইবা বাবুরাজনা খানা য়েংবদগী কনবতা নত্তনা গনতন্ত্রগী অশেংবা মহাও ফংহনগনি। বাবু সাহেবগী মমি ওইরিবা শনি শয়তানশিংবু খয়োম চাকথা হুন্দনা তাম্থোকখিবা ঙমগনি।

অফবা খোঙথাঙ অমদি, রাইট টু ইনফোর্মেসন এক্ট ২০০৬ চৎনরকপা অসিনি। মণিপুর ষ্টেটনা থেঙলবসু থেঙনা আর কে অঙৌম্নাবু ষ্টেট ইনফোর্মেসন ওফিসার ওইনা হাপখ্রে। মসিনা সরকারগী লৈঙাক ব্রায়েলদা, ব্রার্কিংদা, রিবল্যুসন অমা পীবদা নত্তনা দিবোল্যুসন অমসুং দিসেন্ট্রেলাইজেসন খুম্নাঙ চাওশিলহনগনি। মশক লোৎলিবা বাবু রাজগী সাহেবশিংবু পারা তম্বীবতা নত্তনা রাজনিতি লুচিংবশিংবু মখোয় মখোয়গী ভোটরশিংগী মমাংদা নোকফেৎ তৌবগা লেপহন্দুনা মনুঙ-মপান ফাওনা উবা, হেন্না থাজবা লৈনা দায়ত্ব লৈহনবগী অওনবা অমা পুরকপগী ওইথোকপা লৈরগনি। লৈঙাক পথাপগী থাক খুদিংমক্তা য়াওহন্দুনা গনতন্ত্রগী চাংয়েং তৌজনবা তাঙ্গা অমা পীবা য়াই। ভারতনা থৌওইবীদ্রবা চীং লৈবাক অসিদা মীওৎ-মীনৈরিবা, ফারিবা, মাঙহল্লিব, খোঙগোয়নরিবা তোখায় তানিংলবা মীয়াম্বু গনতন্ত্রগী অনৌবা মহাওনা কোনশীন্নবা হোৎনবদা রাইট টু ইনফোর্মেসনগী থৌদাঙ চাউই। ❑

# বারুনি খুরুম্বা : চীঙোই ঈরুপ্পা

***(অপাম নুংশিগী ব্রাইথুংনবগী ব্রাংমদসু নুপীগী ফীদম উৎপা অমসুং চীঙতমগী অপুনবা শক্তম শাগৎপা নুমিৎ)***

বর পীগনবী বারুনীগী মগুণ চাউই। মাইনু পেমচা, উরিবৈ মাধবীনা মাগী মগুন চীংখৎলম্মি। লমতা ২৮নি পানবদা ***শতভিষা নক্ষত্র***না পুবা মতমবু বারুনি কৌই হায়রি। নুমিৎসিদা হিন্দুশিংনা গঙ্গা ঈরু শাদেংনৈ হায়বগী ***নীলকন্থ গিরি*** হায়না কৌথ্রবা নোংমাইচীংগী বারুনি তুরেলদা মণিপুরগী আর্য হিন্দুশিংনা ঈরু শাদেংজবগী ভাবনি।

শিবগী লিলানা য়াম্না মরৌ লৈনা লমদমসিদা মরা তারম্বগী শক্তম থেংনরি। শিবা লাৎপা লায়নিং অসি মণিপুরদা য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হায়বদি ***ইন্দস ভেল্লি সিবিলাইজেসন*** মতমদগী চৎনরক্লবনি হায়না ক্লেম তৌরি। চাওখৎত্রিঙৈ মতমগী লাইয়ামশিং অসি ব্রাহ্মণশিংগী লাইয়ামনি হায়না শক্তাক্লবা লমদমসিগী পুরিৎ ঠাকুর ওইরিবা মাইবা মাইবীশিংনা নিয়ম শেমদুনা অমসুং হিন্দু পারি-পুরিশিং অদুগী লাইনীঙ লীচৎ অদুগী ইকায় খুম্নবা ঙাক্লবা হরাও কুম্মৈ ওম্থোক্তুনা চৎথরকপনি। শিবনা অঙৌবা নৎত্রগা

নোংপোক নিংথৌগী মিংথোল ফংলগা ত্রিশুলনা চীংনুংহুৎ (ভাবনা) হোগায়হল্লগা হেক লৈশেমঙৈদগী হৌরগা চহীচা কয়া কয়াগী তুংদা ফাওবা মণিপুরদা লৈরিবা লাইয়াম পুম্নমক অসি শুপখোম-খোমজিনবা গুম্বগী অচেৎপা থাজবা পোক্লরি। লাই হায়বা ব্রাহ্মেসিনা লিঙ্গগা চপ মান্নবা মরম্না নীংশিংবা থোক্তি ঙৈ মতমদগী হৌনা লিঙ্গ লাৎনরকই, সাইভিজম চৎনরকই হায়বসিনি। বেদগী মহাদেবনি হায়রিবা ***আকেশ বর্বাদ*** অসিগসু মণিপুরদা চৎনরিবা সাইভিজমগা মরী লৈনহল্লি হায়বসিনি। মণিপুরগী লাইরিক হৈবশিংনা কৌব্রু,নোংমাইজীং (লংমাইচীং),হেবোক,থোঙাম মোন্দুম নচিংবা মফমসি শিব লিঙ্গগী লাইশংশিংনি হায়না আর্কেওলোজিকেল দাতা পীনবা হোৎনবা য়াওরি।

ইং ৭৬৩দা পানখিবা নিংথৌ খোঙতেকচানা শিব লাৎলম্বগী খুদম ফংঙি হায়না দাবী তৌরি। ফৈয়েংগী মফম অমদা লৈবাক তৌথোকপদা কোরীগী পুখম ফংখিবা অমসুং মহাদেব লৈহকলোন, পুদিন, লৈথক লৈখারোন, ধরনি সংহিতা, শিবজ্ঞান ফংখিবসিনা গুল্লিঙৈ মতমদা সাইভিজম মণিপুরদা চৎনরম্বগী খুদমনি হায়রি। শিব লিলাগী পন্দুপ লোইবা নাইদে - ***মহারাবা, অঙৌবা, অশিবা, পাঙ্গনবা, লাইনিংথৌ, নোংপোক নিংথৌ, পোইরৈতোন, মোইরাং খম্বা, অব্রাং কৌব্রু অশুপ্পা*** অসিনচিংবা লৈব্রি।

অতোম্বাপু শর্ম্মনদি থাবল চোংবগী ঔগ্রী হংগেন হায়বসিমক সংস্কৃত ব্রাহ্মে ***ঔগ্রি*** (শিব) অমসুং ***অঙ্গহারা*** (হকচাংনা লেঙবা খোৎপা) অসিদগী লৌথোরকপনি কন্না হায়রি। নাট্য শাস্ত্রদা হকচাংনা লেঙ-খোৎপসি ঔগ্রিহংগেনগা চপ মান্নে অসিনি। মমাঙঙৈগী মতমদা শিবগী হকচাং লেঙবা খোৎপগী শক্তম অদুগীদমক হিন্দু সভ্যতানা পালন তৌরম্বা অদুমক্কি হায়রি। লমদম অসি চীংনা কোয়না পনশারগা ময়াইদা সমুদ্র শেল্লম্বা খোইদৌ থম্বাল অদুমক্কি হায়রি। সমুদ্রগী ঈশিংসু শিবনা চিংথোকখি অমসুং মফমদুদা হরাও নুংঙাইবগী জগোই শাখি হায়না উহৌবদৌনা হায়রি। হায়রিবা জগোইদু ঐখোয়গী ঔগ্রি হংগেন অসিমক্কি হায়না দাবী তৌরি। নম্ফুদা থাজহনবা অসিগী মখাদা লমতা ২৮নি পানবা নুমিত্তা মীতৈ হিন্দুশিংগী বারুনী খুরুম্বা মণিপুরদা চৎনরক্কি।

অদুবু মণিপুর পুব্রারীগী চহিচা অহুম্মুক্কী তাঙ্কক অমদা হিন্দু ওন্থোকপগী থবক্তা নিয়ম চুম্না তৌখিদবা, পুয়া পুরান শেমদোক্কুনা অমদি অতে পুয়াশিং মৈ থাদুনা অমসুং সনামহি শক্তম থুগাইদুনা হিংশা চত্থখিবা কয়া অসিনা নম্ফু হাফুগী কিশি পরে কোমহন্নবগী মরম অমা হেন্না হেন্না ওইরক্কি। হিন্দু লাইরিক হৈবশিংনা ফনা নীংথিনা শেমজিন শাজিন্দুনা হোৎনরম্লবসু পুম্নমক ওইদবা ঙাক্তনি হায়না খঙলক্কদবা পুঙফমদু থোইনা লাপলমদ্রে। মতম অমগী মোংশোং লৈবুংদু ভুট প্রেট ওইরমদ্রে। ঙসিদি ইমাগী মচা ঈ অশেঙবশিংনা অশেংবা য়েলহৌ শক্তম পুথোকপা ঙম্লক্কে। মতম অমদা হিন্দু সমাজনা উপাধি পীখিবা অমসুং ঙসি ফাওবা য়োকখৎলিবা পণ্ডিট কয়া ফাওবনা অশেংবা মশক্তা মীনম্বা ঙম্লক্তরে, ঙসিগী কুম্মৈ অসিমক বারুনি খুরম্বা নত্তে, চীঙ্গোয় ঈরুপ্পা

থৌরম ওইগদবনি হায়না থৌনা ফনা চোংথোক্লরক্লে। মহৈগী শাদোং ওইরিবা ঙানু কাংঙনা ঈশিং থনম্লগা শঙ্গোম খন্দোক্লুনা থকই হায়বদুনি। মহৈদি সার্টিফিকেট, উপাধিনা চুপ্লি পাইদে। মাবু মায়ওন পীরিবা ইথিল অসি সনা মরেপ থুম্না পীদুনসু মন্তিক্লবা ঙমদে। লৈবাক্কী য়াওলদা অফবগী খুদম লাকপা হৌরবনি।

লমতাগী ২৮নি পানবা নুমিৎ অসি পান্থোইবী ইমাবু ঈরাৎপা নুমিৎনি। চীঙ্গোয় লুপ্লা নুমিৎনি। নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মমাঙদা পান্থোইবীগী লাংওন অমা থোকখি হায়না পুয়াদা ইরি। নোংমাইচিঙদা পানখিবা নোংমাই নিংথৌগী মমোম্লু খাবা ***শেকচরোংবা নিংথৌ***না মমৌ ওইজগে খন্না হায়না-শীংনবদগী য়ানরদুনা মচা নুপা ***খাবা তরং খোইনুচা***গা হৈজিং খরায় পুদুনা লুহোংখি। নোংমাই মমোম ওইনা লাংওন তৌরিবী পান্থোইবীনা তাইবঙ কুম্মৈ মতম খরা শান্নরম্লগা লাংওন থুপখি। পান্থোইবীনা লাইরমলেন্দা তিনথ্রবদা মনেম ***নমু তেকআ লৈমা***না মমৈথংদা পান্থোইবী লাংওননি হায়না খঙজরকখি। নীঙমদ্রবা ৱাখলনা থুমহৎতুনা মনেম্না লাইরেম্বী ইমাবু মফম কদায়দা অমুক্তং ওইরবু উজবা ফংগদগে হায়না ৱানা থিজরকখি। লৈহৌ নোংহৌদগী লৈরক্লবা নোংমাইজীং চীংগী খুভমবু ফংননবা মনেম ***নমু তেকআ***না অৱাংচীং লান্দুনা নোংমাইচীং তম্লকখি।

অহল মতম ওইরবনা মনেম ইবেম্মা ৱাবনা পুমথিৎলদুনা চীঙ্গোয় তুরেলগী লুনা শেংলবা ঈচেলদা কুমথদুনা ঈরু শাদেংলম্মি অমসুং ইমাবু নীঙজরদুনা ঈরুপ্লম্মি। অদুবু অঙকপনি! ঈরুপ্লা ফাওগৎলকপদা উরে, চীঙ্গোয় তুরেলগী ঈচেলদু শঙ্গোম অনৌবনা ঙৌরোক ঙৌনা ইপোম নাইনা চেম্থরকপা। লাইরেম্বীগী অথুপ্লা খঙজবী মনেম্না পান্থোইবী ইমানা থৌজানবীরে হায়না খঙলে অমসুং কোয়না কোয়না য়েংলকই। নোংপোক অচিবা লাইগী য়াৎথোকফম নুঙবী লৈরিবা অদুগী মমাঙদা পাক্লা তারিবা নুঙপাক মথক্তা ইমা পান্থোইবীনা তাইবং শকপানথোং লৌদুনা নুংশি চান্না মীৎয়েং শংখৈনরকপা অদুবু নমু তেকআনা উবা ফংজখি। নীংঙজবা থুংলে. পোকপগী মহয় য়াল্লে খঞ্জদুনা পান্থোইবী ইমাবু নমু তেকআনা খুরুমজখি। ঙসি ফাওবদা চীঙ্গোই তুরেলগী লাইজনা শঙ্গোম অনৌবগী মনম ফুং ফুং কারক্লবদি পান্থোইবী ইমা য়াৎথোকপা মতমনি হায়না লৌনরি। নিংজবা মহয় থুংনবা নুমিৎসিদা ঈরুপ্লরি।

তাইবং মীগী অৱাৎপা খিবিক মনীং থুংহন্নবগী ইমা পান্থোইবীনা তাইবং মশক লৌদুনা য়াৎথোকপা নুমিৎ লমতা ২৮নি পানবা চীঙ্গোই ঈরুপ্লা নুমিৎনি। ইমাবু নুমিৎসিদা থম্মোয় শেংনা নীঙজরবদা মহয় ফংঙি হায়না হক্লা লৌনরিবা নুমিৎনি। চীঙ্গোয় চৎপা ঙমদবশিংনা য়ুমদা, লোয়শংদা. শনশঙদা ইমাবু লাৎচবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা চীঙ্গোয়দগী শোকপা অশেঙবা ঈশিংনা ঈরু শাদেংজবা ওইনা কোক্তা মচুম তাহনবা অমসুং হৈকৎ লৈকৎ তমজবা খিবিক লাইজ খিকলেন চাইদুনা শেংদোকপদা নীংজবা থুংঙি হায়না থাজনরকই। অথাপ্পদগী লাকপা পীবা চনুরাশিংনা চীঙ্গোইদগী ঈশিং শেকপা চৎনরকই।

ইমানা পীবিরিবা মহম্মদি অপাম নুংশিগী ঙাক্তা ওইরমদ্রে। নুপীগী ফিদম উৎপগা লোয়ননা নুপী ঈহৌগী ঈহৌরকফম ঈপাক ওইরম্লে। চীং তম খেন্নবা তমদনা অপুনবগী শক্তম শাগৎপা খোঙহৌফম ওইরম্লে। ইশাগী কাঙখুল মুৎলমগদৌরবা ইজাতিগী য়েলহৌ শক্তম কন্দুনা থম্নবা হোৎনবদা নুপীগী ফিদম্মু মরুওইহন্বা পাউজেল ওইরম্লে। অসুক মগুণ লৈশ্রবা থৌরম অমা চহীগী মনুংদা অমুক পাঙথোকপা ফংজবসি লাইবক ফৈ। কুম্মৈ ফিয়োংগী অমসুং লাই তীন পঙথা থাজবগী রাফম ঙাক নত্তবদা, মসিদা কান্নবা কয়ামুক লৈরমলে। বর নিবাঅমসুং পীবগী রাফম নত্তবদা, নুমিৎ অসি নুপীগী ফিদম্মু কন্দুনা থম্নবা নুপীবু ইকাই খুম্নবা নুমিৎ ওইরে।

নুপীনা নুপীবু, মনেম্মা মমৌবু খঙবিবা, নুপীগী ফিদম ফংনবা হোৎনবগী নুমিৎনি। নুপী ওইবীগী থম্মোয়না নুপীগী মমল খঙবিদুনা খুনাইসিদা মফম অমা কন্নবা চঙশিন্নিবা ঈহৌ অমগী অহন্নবা শরুক্তি। খাবা শোকচরোংবা হাক্তক্তগী ঙসি ফাওবা লেপ্পুনা চথরক্লিবা নুপী ঈহৌনি। ঈহৌ অসি লৈবনা লমদমসিদা নুপীগী মফম অমদি ফংজরকপা ঙম্লিবনি, নুপীগী মমল খুনাইসিনা খঙবা ঙমজরকপনি। নুপীবু ইকায় খুম্নবা মফম ওইরকপনা নুপী লাইরেম্বীবু ঈরাৎ পূজা তৌনরকপনি। হায়বা য়াই, মণিপুরদা ইমা পান্থোইবী লৈরমদ্রবদি, নুপী ঈহৌ, নুপী লান লৈরমদবা য়াই। মালেম লৈবনা শায়োন তৌবী সিতা অমসুং লানগী লাইরেম্বীনা শায়োন তৌবী দ্রৌপদিনা মোডেল ওইবী হীন্দু নুপী ঙাক্তা মণিপুরদালৈরম্লবদি নুপী লান, মৈরা পায়বী মশক উরদ্রোই। ❑

# লাইরেম্বীগী য়াওল খোল্লাউ

লাইরেম্বীনি হায়না খীতে খুনাইনা লৌনরকবা মণিপুরগী নুপীগা মালেমগী অতৈ নুপীশিংগা শক্তু-শকওং মান্নবা খিবিক লৈরবসু মান্নদবা য়াম্না লৈরি। লমদমসিগী থৌদোক রাখোক্লা অমসুং চীং লৈবাক অসিগী নীংতম্মা হিংলকপা পুরারীনা পীরকখিবা চৈথেং খুদিংমক পুরারীগী খুদোল ওইনা শীংনবশিংবু থেংনদুনা মদুগী অরা-অনা মরক্তা চাওরকপী কংলৈ চনু নিংঙোলশিংনি। চীংলৈবাক অসিনা চহী লীশিং কয়া নীংতম্বা লৈবাক ওইনা হিংলকপদা থেংনরকখিবা অরা-অনা খুদিংমক কংলৈ চনুশিংগী কথোকপগা অমসুং মখোয়গী লৌশিং থৌনাগা লোয়ননা রাখৈখিবা ঙাক্তনি হায়বা য়াই। মপুরোইবগীদমক্তা লালু চোমাই পীথোকখিবা, মরৈবাক্কীদমক পুকচেল চাউনা কথোকপগী লোয়বা নাইদ্রবা রারী শীঙবুলনা কংলৈ পুরারীগী মরুওইবা মচল ওইরিবনি। য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ফিদম ওইদুনা লৈরিবী ইমা লৈমরেল শিদবী, ইমা পান্থোইবী, লৈমা লিন্থোইঙন্বী, য়াওল লান হৌখিবী লৈমা গোমতী, চকপা মখাও ঙন্বী মণিপুরী পুরারীনা পীরকপা লাইরেম্বীগী মশক

ওইরবী খুদোল ঙাক্তনি। লৈরি ঙসিসু লৈবাক্তা শৈথানরিবা নুপী লানগী ইমাশিং, ঙসিগী লানফমদা চরা হেল্লিবী কংলৈ চনু শর্মিলা। হায়রিবা কংলৈ চনুশিং অসি পুৱারীগী তোঙান তোঙানবা তাক্কক্ত্রা মশীং অমত্তং ৱাংলম্বা তারবদি, পুৱারীগী মশক অমা হোংলম্বা য়াই। ঙসিগী মণিপুর পুৱারীগী শক্তোন অসি উবা ফংলমদসু য়াই।

মীতৈ ৱাহৈদা লৌশিংগী মহৈদি ইপা ইপুদগী ফংহৌই অদুগা হিংবগী হী-য়াইদি ইমা ইবেলদগী ফংহৌই হায়নরি। কয়াদা থুপত্তবা মমলনো, মণিপুরী নুপীশিংনা পায়রিবা। অমুকসু লোয়শঙ কাদ্রবা নিপাগা কৈথেল থোক্তবা নুপীগা খুনাইদা চন্নদ্রবা মীনি হায়নরিবনি। কৈথেল হায়বসি মণিপুরি নুপীশিংগী মফমদদি লোয়শঙগা পাংখক ওইরি। অসুম্না মণিপুরি খুনায়গী শেল থুমগী অমসুং চাওখৎপগী হিংনবগী চঙদবা য়াদ্রবা মচাক কয়া তানশিনবগী লম্বীদা মণিপুরগী নুপীশিংনা চাওরবা থৌদাং লৌদুনা লাকখিবা অমসুং অসিগুম্বা মরুওইবা শেম্মীৎলোন অমসুং চাওখৎপগী খোঙথাংদা শরুক য়ারকপদা নত্তনা লৈঙাক্লোনগী অহকপা হীরমদসু হকথেংননা থৌদাং লৌরকই। বৃটিশকী লৈঙাক মখাদা চহী ১৪ চুপ্পা লৈরকপদগী নমফু লৈঙাক্কী চৈথেং খাঙবদা ৱারবা মণিপুর মীয়াম্না ইং ১৯০৪দা বৃটিশকী মায়োক্তা ঈহৌ হৌরকপদা মণিপুরগী নুপীশিংনা থৌদাং য়াহৌখিবদু য়াম্না ৱাহন্থোক লৈবা থৌওংনি। মতমদু মণিপুরি নুপাশিংনা লীচৈ ফাওবা পায়বা য়াদ্রিঙৈদনি। তমথীরবা বৃটিশকী লৈঙাক ৱায়েলনা মরম ওইদুনা মণিপুরি নুপীশিংগী লূ-তোংদা বৃটিশপু শীঙনবগী ৱাখল অদু চহি অসিদগী হৌনা মমি তম্বা হৌখি। অদুনা ইং ১৯৩৯ পোইনু মনুংদা খুৎশেমগী চেং তাঙবগী থৌদোক থোক্লবদা নুপীশিংগী অচৌবা ঈহৌ ডিসেম্বর ১২দা শাগৎপা ঙমখিবনি, মদুবু নুপীলান হায়না শীঙথানরি।

নুপী লান চৎখ্রে, চহী ৬২ লাপ্লখ্রে । অদুবু ৱাহংদি, নুপী ঈহৌদু ঙসিগা শম্নরিব্রা অসিনি।বৃটিশনা মণিপুরদা চহী ৫৬ পাল্লম্লবামতুংদা ইং ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪ অহিং নোংয়াইদা মণিপুরনা বৃটিশ পেরামাউনসিদগী নাম্থোক্তুনা নীংতম্বা অমুক হঞ্জিল্লে। অদুবু চহী ২দমক মণিপুরগী নীংতম ফিরাল পাইরম্লগা ১৯৪৯ ওক্টেবর ১৫দা নীংতম্বা পুন্সিগী মহাও অদু মণিপুরিশিংগী লৈতোন্দা তংবা নংফাত্রিঙৈদা ভারতনা মণিপুরবু নিয়ম কায়না লৌশিনখি। মসিদগী শেল-থুম অমসুং লৈঙাক্লোনগী পাঙ্গল অসি বৃটিশকা চপ মান্ননা খুত্থাঙ লৈঙাক্তা লৈরকখিবা মতুংদগী ষ্টেটকী মীওৎ-মীনৈনা মণিপুরি মীয়ামগী য়েলহৌঙৈদগী লৈজরকপা ঈচেলগা মুক্লরকই। ষ্টেট টেরোরিজমগা মুক্লরকই অমসুং মসিনা ঈহৌবু পোকহল্লি। বৃটিশকুম্বা লম লোইচনবশিংগী রাজনিতিদি লায়না তীন্না পোকহন্দুনা খুন্নায়গী লূ-তোং য়ৌনা শুম তাও চাহন্দুনা খুন্নায়বু ঙমখৈ লৈতনা লৈখা তাহল্লিবনি। ভারতকী লৈঙাক ফিবান্দা থমদুনা চত্থরক্লিবা শাথীনা মোৎলবা রাজনীতিগী খোঙচৎ অসিবু অমসুং ভারতকী লৈঙাক ৱায়েল অসিবু মপুন্সি শাংথনবা শেলনা মীবু লৈরগা চত্থরিবা পোলিটিকেল প্রেসেস অসিনা মুক্লরিবসি চীংলৈবাক অসিগী য়েলহৌঙৈদগী খকপা নাইদনা মশানা অদুম চেন্থজরক্লিবা অদুঙৈগী ৱার্ক কলচরদা যুম্ফম ওইবা ঈখোঙ থোংনা লেপচবগী ঈরৈচাশিংগী থম্মোয় অমদি ঈদা তোংদা চুপশিনপ্লবা কংলৈ পুন্সিরোল অদুনি। অদুবু

মুক্লরবনিনা, অইংবা নোংদগী নোংথাং পোকপগুম, খণ্ডহৌদবা মায়কৈ অনী অহ্মদগী হৌরকপা মণিপুরি নেসনেলিজম্না মণিপুরিশিংগী থম্মোয়দা য়াকাইরোল শকপা হৌরকই। মদু লময়ানবা ইরোবতকী লুচিং মখাদা ইং ১৯৪৯দগী ১৯৫১ ফাওবা কন্না চত্থরকই। ইং ১৯৫১ সেপ্টেম্বর ২১দা মণিপুরগী চিফ কম্মিস্নারগী সরকারনা ইরাবত অমদি মাগী কাঙলুপকী লানহৌবা খুদিংমকপু টেরোরিষ্টনি, আইন্না য়াদবা আউটলোনি হায়না লাউথোরকই। অদুগা সরকারনা অকনবা থবক কায়খৎলকই। ইং ১৯৫১ সেপ্টেম্বর ২৬দা ইরাবতনা অঙ্গেচিংদা নোংঙ্গাপ্তবদা মাগী মখাদা লৈবা রেদ গার্ড, পৃসকসভা, ছাত্র ফেদরেসন, য়ুঠ লিগ কাংখোং চাইরকখি। অদুবু লময়ানবগী ঈহৌনা তুং কোইনা চত্থবা ঙমখিদ্রবসু ইকুই কুইদনা ইং ১৯৫৩দা শগোলশেম ইন্দ্রমনি অমসুং য়াংমোশো শাইজানা লুচিংবা '*ওল মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন*' হায়না কৌবা লুপ অম লিংখত্তুনা মণিপুর অসি ভারত্তা হাননা তিনদ্রঙৈদা লৈরম্না শক্তম অদু হঞ্জিজরগে হায়বগী খোল্লাও কয়া লাওবা খুলায়দি পায়দবা ঈহৌ চঙশিনখি।

ঙসিগী মতুং মীরোল অমা লৈরগা অনৌবা পুৱারীগী হান্নগী ঈচেলদু চেন্থরকই। নীংতম লানহৌ চত্থরকই। ঈতিনফম তিন্নদ্রবা ঈচেল অনীগী মরক্তা মণিপুরগী মীয়াম্না মশাগী মরায়বক লেপচনবা লম্বী অমসু কন্না থিনরকই। অমরোমদা মনীংতম্বগী লানহৌ ইণ্ডিয়ানা নম্ফুদা লাকশিন্নবা অমুবা আইন চলায়খি, মীওৎ-মীনৈ চত্থরকখি। ভারত লাম্মীনা লানহৌবা থিবগী মিংদা মীচম মীয়াম্বু ফুবা, হাত্তোকপা, ফাম্বগা মীবু থিবা খণ্ডহন্দবা, নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহল্লকপা, মীয়াম্বু অকি অখঙ পীদুনা ষ্টেট টেরোরিজম ওইনা চত্থরক্লবদা হায়রীবা নুপী ঈহৌগী ঈচেল কনখৎপা তারকখি। ঙসিমক চত্থরিবা সেক্যুরিটি ফোর্সকী কা হেনবা মওং অসিদা নুপীশিংগী নত্তনা কনাগুম্বা নুপা লুপশিংনা থেংনবা মায়োক্নবা ওইথোক্তে, নুপী ঈহৌগী মহুৎ শীনবিনিংঙাই লৈতে। কনা উবিদ্রবা ঙমখৈ লমদম চীংলৈবাক অসিদা দিমোক্রেসি, সেক্যুলরিজমগী মিংদা চত্থরিবা কা-হেনবা থবক থৌওংশিং অসিনা নুপী ঈহৌবু য়াম্না মরু ওইহল্লি।

মসিগা লোয়ননা, লৈঙাক ৱায়েলদা নত্তনা, খুনাইগী ওইবা হীরমদসু নুপী খুনাইগী থৌদাং য়াম্না চাওরি। অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংদা নুপীবু তুহৎপীবগী ৱাকৎ নুপীগী হক তানবগী খোল্লাওনা নাকোং শীংজা য়ৈরবা মতমনি। নুপীগী নীংতম্বগী হক ফংনবা মীফম হেক লোইবগা অমম-অথেঙদা হল্লকপা নুপী অমত্তা লমহাংদা মকা লাম্না চৎপা ঙম্নদ্রি হায়নরিবনি। ৱারেপ - কন্সটিট্যুসন্দা পঙই ইরবসু খুনাইগী ফম্মেন্দা নুপী কাবা য়াদ্রি, নুপা নুপী চপ মান্নহন্নিংদ্রি। ওফিসকী ফম চাওবা পঙয়া য়াদ্রি। লৈঙাক ৱায়েলগী লমদা অমসুং খুন্নায়গী পুন্সিদা নুপীগী চপ চাবা মফম পীবা হায়বসিমক লৈবাক্কী অফবা খুদম্নি। মসিনা নুপীশিংবু পুক্লিং থৌগত্তুনা নুপী মশাবু মতীক চাবা মীশক ওইহন্দুনা তুংগী মীরোল অফবা পুথোক্কনি। অসিগুম্বা মাঙ-তাকপগী মশক অসি নুপী ঈহৌগী খুবামনুংদা পায়শিনবিদুনা মথৌ তাবা পায়খৎপা য়াম্না তঙায়ফদ্রে।

অমরোমদা, মচা মশু থাক্লবা হোৎনবদা লৱাই কোয়রেল তাঙলবী হুমাং তৈথোকপা শংদ্রবী নহা ওইজরিবী মৌনহা কয়ানা নুপাগী থৌনাগা তেমশিঙনদুনা শঙ্গু শঙ্গু চেক

শুরি, লৈঙোই-নুং পেক্লি।, য়োৎতেক থাংতেক থিরি। তুহৎপিরবা খুৎশুমল খরা ফংবা অদুনা পঙলেন লেন্নবা হোৎনরি। ব্রাকৎলুরবদি থবক মাঙগদৌরি। ব্রাকৎ অমসুং মহাজনগী মীৎয়েং অনীগী মরক্তা কুচু তাইফেৎ তাইনা ব্রানা লেল্লি।

অমুকসু, মব্রা-মপুরোইবনা লায়থোকপীরবী য়ুম্মুরেম্বীশিং অমসুং নেশাগী তাইবঙদা লুপশ্রবা মপুরোইবগী নিয়ম য়াওদ্রবা নম্ফুগী য়ুম্বান্দা তুংগী আশা মাঙলবী য়ুম্মুরেম্বীশিংগী অব্রাবা পোৎলুম অসিবু মাগী মাগী নোংদমখোলনি হায়দুনা মদোম পোৎলুম কোকথোংনহনবা তারিব্রা ? নুপী ঈহৌ মমুন ফাবে হায়রিবা লমদমসিদা মসিবু উনা উনা মনাক্তা চঙশিনবা তৌদনা অদুম য়েংদুনা লৈথোকপা চুমলিব্রা ?

লানহৌবগী লৈহাও কারবা লমদমসিদা পু-পাং শেৎনরবীশিং, লুখ্রা বীশিং নোংম নোংমগী মশিং হেনগৎলকই। পাউচেশিংগী থোঙদা কপলকপা অব্রা মপাউ কয়ারক তাখ্রে। কবম্বা থমোয়না করন্না খাঙবা ঙমগনি। নুপীগী নুমিৎ ফাওবা সমস্যা কয়া অমা লৈ, মদুনা করিসু নত্তবদা পনখৈ নাইদনা ওৎলি, মচিং মশোন নাইহল্লি। মীওইববু মীওইবগী মীনুংশিগা লোইননা সমস্যাবু ব্রাখৈনবা হোৎনদে। নোংমা নোংমগী ব্রাকৎ মশীং হেল্লক্লিবা লাউনিংদা-লাউনিংদনা লাউরক্লিবা ব্রাকৎশিং অসি নুপী ঈহৌগী টাবুদা থম্বীবনা চুমগনি। লমদমসিগী নুপীগী ব্রাকৎতি লাইরেম্বীগী ব্রাকৎনি। চীংলৈবাক অসিগী নুপীশিংগী খোল্লাউদি মীয়ামগী অমত্তা ঙাইরবা খোল্লাউনি; লমদমসিগী লিংজেল মান্নহন্নবগী, চুমশিন্নরবা অনৌবা পুন্সিরোল অমা শাগৎনবগী অনৌবা অওনবা খোল্লাউনি। ❑

## ২১শুবা চহীচাদা

# ধর্মগী মফম - (২)

মহৌশাদগী হৌনা মীওইববু মফম মতমগী ওইনা চথরিবা অমদি থায়নদগী হৌনা চৎনরক্লবা ব্রাখল্লোন অমদি থাজনবা অসিবু অমুক্তা হন্না য়েংশিনবগী তঙায়ফদবা ফীভম অমা ইতৎ-তত্তনা পীরকই। মদুনা হৌজিক ওইরিবা অমসুং হৌখিবা মতমদগী ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান অনীমক অসিবু চুশীন্নহন্দুনা অনীমক শন্নহল্লিবনি। মদুনা মীওইবগী অনীংবা অপাম্বগী দাবী অসিবু মনীং থুংহন্নবা হোৎনরিবনি অমসুং মীওইবগী তুংলমচৎপু মায়োক্লবদা মদুনা মীওইববু পূক্লিং লূমহল্লিবনি। হৌজিক্কী মতমসিদা ধর্মনা অফ-ফত্ত নৈনবগী ওইবা অমসুং সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা থিজিন-খোমজিনবগী হীরম অমা ওইনা থবক ওইনা পাঙথোকপা য়াবা (প্রাক্টিকেল) অমসুং ব্রাখল্লোন পীবগী ব্রাহল্লোক লৈবা মওংদা (থীওরি) থবক ওইনা তৌদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা মীওইবগী পূক্লিং চিংশিনবা ঙল্লবদি মদু মখাগী মরমশিং অসিনা ওইহল্লকখিবনি হায়গনি, মদুদি -

১। ঙসিগী সাইন্টিফিক ওইবা লৌশিং অমসুং ৱাখল্লোন্না য়াম্না থুনা খুমাঙ চাওশীল্লকপা;

২। হীরম অসিদা অথূপ্পা লৌশিং ফংনবগী পূক্লিং হেন্না লূপশীল্লকপা;

৩। ধর্মবু শেমদোক শাদোকপদা নৎত্রগা, পুম্মৌ-নৌনা শেমদোকপদা নৎত্রগা অনৌবা ৱাখল্লোন্না মহুৎ শিনজিনবদা অমদি হেন্না মরম চাবা অমসুং অপঙ থাজ হন্থনবা মওংদা সাইন্টিফিক ওইবা মায়কৈরোমদা মালেম পূম্বদা পাকশন্না শন্দোকখিবগী ঈহৌ লাকপা ;

৪। হৌখিবা মতমদা ওইরম্বা করিগুম্বা মখল অমগী ওইবা মালেমগী ওইবা থৌদোকশিংগী শাফু অদুনা ধর্মবু ইথিল পীরম্বদা নত্তনা থৌদোকশিং অসিবুসু ধর্মনা ইথিল পীরম্বা অসিনা মীওইবগী পূক্লিংবু ধর্ম খরনা থোইদোক হেন্দোক্না চিংশিনবা ঙম্লিবনি।

মরম অদুনা মীওইবনা মশা-মশানা চত্থরিবা থবক থৌওংশিং অসিগী নৎত্রগা শাগোন্ননা হিংমিন্নরক্লিবা ফীভমশিং অসিগী হৌন-লীচৎকী, অচুম-চুমদগী ওইবা মমল নৎত্রগা মরমচৎকী মমল (ভেল্যু) অদুগী মরমদা চিংনদুনা ৱাহংনরকপা মতম হেক খুদিংগী ধর্মগী মমল (ভেল্যু) অসিবু মৈচেন্নহল্লি; অমসুং ধর্মনি হায়বশিং অসিবু মপুং ফারবা ধর্মরা নৎত্রগা মপুং ফারবা ধর্ম নত্তব্রা হায়বা খ্বাইদগী মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইরিবা ৱাখল্লোন অসিবু অমুক হন্না য়েংখৎহন্নবা মীওইবগী পূক্লিংদা ৱাখলগী ইথক হৌহল্লি অমসুং ৱাখল হেন্না লূপ্পা ময়াই কাহল্লি। মমৈথংদা অচুম্বা ৱায়েনগী মরীদা, মীওইবগী লাইবকতা ঈশ্বর অমসুং তাইবংপানবগী মরীদা প্রোব্লেম ওইহল্লকই অমসুং মসিনা ধর্মগী ওইবা ৱাখল্লোন অমদুং অতৈ অতোপ্পা ৱাখল্লোনশিংগী মরীদা প্রোব্লেম ওইহনবদা নত্তনা ইচম-চম্বা ৱাখল লৌশিংগী চন্নফম অমসুং অচুম্বা শক্লোন অমদি,পুন্সিদা থেংনরুবা ৱাখল-লৌশিংগী ওইথোকপা য়াবা ৱাখল্লোনশিংগী মরীদা খূৎকোই নাইনা প্রোব্লেম ওইহল্লকই।

মতৌ অসুম্না প্রোব্লেম ওইহনবগী মনুংদা ঙসিগী ধর্মবু লুচিংলিবশিংনা ধর্মবু পোলিটিসাইজ তৌদুনা চত্থরিবা গ্লোবেল কেপিটেলাইজেসন হায়বদি, ধর্মগী মিংদা কান্নবা ফংনবা মালেমগী থাক্তা হিদান্নরকপা অসিনি। মসিনা গ্লোবেলাইজেসনগী থাকসিদা অরুবা ফীভম অমদা লাকহল্লি। ঙসিগী ধর্মশিংবু স্পিরিচুয়েল ভেকম লৈহল্লিবা অমসুং ধর্মশিংগী মরক্তা থাজনদবা হেলহল্লিবসি মসিননি। মসিনা মরম ওইদুনা ইস্লামিক ফন্দামেন্টেলিষ্টশিংগী সুইসাইদ টেরোরিজম্না ন্যুক্লিয়ার টেরোরিজমদগী শরুক কয়া হেন্না শাথীহল্লি। ধর্মগী ওইবা মথৌ মঙম পাঙবদা মনীংতম্বা তাল্লিবা ফালুন গোং ধর্মগী মীওইশিংনা

টিয়ানানমেন ইসক্বারদা মশা মশাশিং মৈ থাদুনা শিজখি। ইন্দিয়াদা হীন্দু মুস্লিম ফন্দামেন্টেলিষ্টশিংগী হিংসানা ইন্দিয়া, বঙ্গলাদেশ, ইন্দোনেসিয়ানচিংবা খা এসিয়াদা খুন্তাক-লানশীবা অমদি লাঞ্জেন্নবগী য়েংহৈদ্রবা দাইসপুরা (লোই থারবা মতুংদা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লদুনা লৈহনবা) থোকহন্দুনা হান্না খুন্দা-লৈতাজরবা লৌপুশিং য়োংনা তালহল্লি, ধর্মবু তঙ্খায় শিহল্লি। রেসিষ্টকী খুরবা চেকপলবু থুগায়বগী ব্রাখল মীৎয়েংদি লাইরদুনা মদুবু ফাওদৎনা য়েংবা ঙমদবগী তঙ্খায় শিরবা ধর্ম অদুগা লোয়ননা পোলিটিক্স তৌরিবা লমদমদুগী নেসনেল কন্সেপ্তনা ব্রাথোক ওইনবা লৈঙাকপা নত্তনা মীওইবা খুনাইগী অপাম্বা অফবদি করম্না তৌরক্কনি ! ২১শুবা চহীচাদা মফম লৈত্রবা ধর্মদা শাদোঙলিবা মীওইশিংনা অফবদি তৌরক্করোইনা !

হৌজিকসিদা মালেমগী থাক্তা লৈরিবা ইন্দিভিদ্যুয়েললিজম (নাইতোম তানিংবগী ব্রাখল্লোন) হায়বা মী মশানা মশাবু ব্রাংনা লৌজবা, মনীং মখা তন্না হেনগৎলকপা, মপাঙ্খোংগী ওইবা ভেল্যুদা লূম্না লৌজবা অসিগুম্বা শক্লোন নোংম-নোংমগী ধর্মগী মীওইশিংগী মরক্তা হেনগৎলক্লি। থৌওং অসিনা মীয়ামগীদমক্তা য়াইফ-নুংঙাইহন্নবগী থোঙথাংদা য়াম্না খুরৌ থাংহল্লি। মসিবু ২১শুবা চহীচাগী স্পিরিচুয়েল মেটরেলিজমনি হায়না টিবেটকী শক্বাইরবা মেদিটেসনগী ওজা চোগ্যাম ক্রংপানা হায়। স্পিরিচুয়েল টেক্নিক্কি খুত্থাঙদা ঐখোয়না ঐখোয়গী ইগো-সেন্ট্রিসিটি অসিবু মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা মতমসিগী ধর্মনা অচুম-অরান থিবগী মিংদা ঐখোয় ঈশানা ঈশাবু নমথাক তৌজরি হায়না ক্রংপানা হায়খি। ইন্দিভিদ্যুয়েলিজমগী য়ুম্ফমদা থোক্লকখিবা থীওলোজিষ্ট সাই বাবা, প্রজাপিতা ব্রহ্মকুমারিজ ঈশ্বরিয় বিশ্ববিদ্যালয়, হরে রাম হরে কৃষ্ণ কল্টকী ইস্কোন, মহেষ যোগী ত্রান্সন্দেন্টেল মেদিটেসন, পেন্টিকোষ্টেল ফেথ, খৃষ্টান রিফোর্মদ চেপ্লিন, য়ুনাইটেদ ফ্রেন্দসিপ ওর্গেনাইজেসন (য়ু এফ ও) নচিংব কল্ট কয়া অসি মীয়াম্না ধর্মদা শরুক য়াবগী মতম ফংজিল্লক্তবগী নৎত্রগা মরন্নাইগী ওইবা মওংদা হায়ব্রিদ কলচর ওইনা লাই নীংবা, লাইশোন শোনবগী অনৌবা থৌওং ঙাক্তনি। খৃষ্টানশিংনা থবাক্তা খুৎনা শোকপদা লাই নীংবা শকপগুম অমসুং ফুটবোল শান্নরোয় অমনা লৈবাক শোক্লবা মতুংদা খুকউ-খুদক কুল্লগা কোক নোল্লবদি মদুদা ধর্ম নৎত্রগা তাইবং মপুদা চঙজদুনা মতম মাঙহনবগী মহুত্তা ইকনমিক ওইনা সেক্যুলরাইজেসন মোদেলদা ফাষ্ট ফুদ ওইনা হোৎনবনি। থৌওংসিনা কান্নবরা নৎত্রগা কান্নদবরা হায়বগী মীৎয়েংলোমদা য়েংবা তারবদি, মসি ঐখোয়না নুংঙাইবা অকোম্বদা, পূন্সিগী ব্রাহল্লোক লৈতবদা অতোপ্পা মীওইশিংগী সোলিদরিতি অমা শেম্বরোমদা চঙশীনখ্রে হায়বা তাই। ধর্মবু ঐখোয়না পাউতাক্কী হৌরকফম্নি, পূন্সিবু হিমায় চুম্ফম্নি হায়বা অসি কাউথোক্লগা অতোপ্পা ব্রাখল মীৎয়েং অমদা অশম্বা লম্বী থিরদুনা, মশানা

চৎকদবা লম্বী হোংলদুনা চৎলি। ধর্মনা লৌরিবা দায়ত্বদি লাইরবা, তোল্ল-তারবশিংগী অখন্নবা মফম পীবদা নত্তনা মালেম পূম্নমক্কী নুংঙাই-য়াইফনবনি, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্ননবনি, ঈঙ-চীক্লা লৈমিন্ননবগীদমক্তনি। অদুবু কদায়! মবুক লাল্লবা, ময়ুম-মকৈ লৈজদ্রবা মীওইশিংদা নত্তনা তুংগী আশা লৈত্রবা, অচৌবনা মচাদা তুহৎপীবগী মনীং তম্বা লৈবাক মচাশিংবু অচৌবা লৈবাক্লা নমদুনা লৌশিল্লগা নমথবা শুদৎপীবগী লৈঙাক ৱায়েল চত্থবা, হাৎনীংবদা হাৎপা, ওৎনিংবদা ওৎপগী খাঙডমদ্রবা অৱা তেংথাখোল অমসুং অদুগুম্বা লৈঙাক শাসন্দগী নাম্বোরক্লবা নেসনেল লিবরেসন মুভমেন্ট অরোইবা থাক্তা চত্থরিবা, মশেল উংখৎনবগী, লানগী অমদি ন্যুক্লিয়ার হোলোকোষ্টকী অকীবা অসি ২১শুবা চহীচাগী ধর্মগী মখুত্তা ২০শুবা চহীচাগী ধর্মনা থল্লন্নিবা পোৎলুম্নি। পোলিটিক্সকী শাদোংঙ ওইরিবা ধর্মনা দাইত্ব লৌফম থোকই।

মতৌ অদুম্না ২১শুবা চহীচাসিদা ধর্মশিংনা কমদৌবা তাবগে হায়বগী ৱাফম অসিদা তুবৎ নাতৈ কাঙদুনা লাকপা তাবদা, মতৌ করম্না হৌখিবা মতমদগী হৌজিকসিদা কমদৌনা ৱাইথুংলরিবনো হায়বগী ৱাফমদা ঐখোয়গী অচেৎপা ফিরেপ অমদি শেমজবা তাই অমসুং মদুদগী ঐখোয়গী গ্লোবেল পার্সপেক্তিব অসিদা য়েংবা মতমদা কলচর অমসুং ধর্ম অনীমক উবা ফংঙি। ৱাফমসিদা অখঙ-অহৈশিংনা শৌগৎলি Prof. E. Cousins নচিংবা অখঙ-অহৈশিংগী মীৎয়েংদদি, উরিবা পোৎশক অদুদগী লেপ্লগা য়েংলিবা মফম অমসুং য়েংবগী চেকশীনগদবা ফিরেপ অদুনা হেন্না লুই হায়না চেকশীন-ৱা ফোঙদোকই। থাগী লৈমায়দা লেপ্লগা মালেমদা য়েংথরকপা মতমদা প্লানেট অসি অকক্লবা হোরাইজন অমদা লৈবা নত্তে অমসুং মতোমতা মনীং মখা তম্না লৈবা নত্তে হায়বসি ময়েক শেংনা খঙঙি হায়বসিনি। মালেমগী অকোয়বদা লৈচীল থারিব, মালেমবু কোয়শীল্লিবা ঈশিং ঈপাক অমসুং লৈকং লমদমশিং অদুখক্লা থাগী লৈমায়দগী য়েংলিবা মীওইশিংগী অরোয়বা মীৎয়েংদি নত্তে। একুাট এঙ্গলদগী উরকপা রিয়ারিটিদি, মালেম অসি তাইবংপানবগী লেঙলি-পাল্লিবা অমদি ইচম চম্বা অকক্লবা অতিয়াগী মচেৎ অমদা লেঙদনা লৈবা পোৎশক অমা নত্তে হায়বসিনি। মালেম অসি লিংজেল মান্নরবা অপূনবা তেংবানবগী মনুংদা অমগা অমগা থাদোক্লবা য়াদনা মরী লৈনবা ফিদম্নিংঙাই ওইবা ফজরবা গ্লোব অমনি হায়বসি কনানা উখ্রবগে হায়বসিনি। তেংবানবগী অমম্বা ফম্বাক্তা মায়োক্লনা ওনশীল্লদুনা শংবান্ননা ফজরবা গ্লোবকী শক্তম অসিনা মঙাল পীরদুনা অমসুং স্পেসতা লৈবা মশাগী ওর্বিতকী অকক্লবা লম্বীদা কোয়রদুনা গ্লোবেল কন্সায়সনেসকী হৌরকফম ময়েক শেংনা খুদম ওইনা উত্তুনা তাকচরি। মসিমক চহী লীশিং কয়াগী মমাঙদগী উত্তুনা লাক্লবসু ২১শুবা চহীচানা লাক্লবা ফাওবদা মুন্না খঙদুনা মদুগী তৌফম থোকপা থবক তৌরক্তি হায়না লৌনরি।

থাগী লৈমায়দা এষ্ট্রোনোটনা লেপ্পীবা ফিরেপ অসিদগী ঐখোয়সু এষ্ট্রোনোট ওইনা অতোপ্পা মফম অমদা থুংলুবা মতমদা ঐখোয়গী মতম অসি কন্সায়সনেসকী অচৌবা অহোংবনি হায়বা খঙগনি। ঐখোয়না ঙসি মালেমগী লৈমায়দা তৌরিবশিংগা চপ মান্ননা ঐখোয়না কন্সায়সনেস অদুগী অতোপ্পা অহোংবা অমদা থুংলরি হায়বসি উবা ঙম্মি। অসিগুম্বা মতমদতা ঐখোয়না খঙলকই মদুদি মালেমগী ধর্মশিং অসি ঙসি ওইরিবা অসিগুম্বা মখোয়-মখোয়না ওইরম্লিবা ফীভমগী মতুং ইন্না শেমখিবনি। ব্রাখল থোকপা মফম অমদগী ঐখোয়না এষ্ট্রোনোটকুম্বা লেপ্লগা পৃথীবীগী মথক্তা য়েংথরম্বা তারবদি হায়বদি, বিসিই (বিফোর কমন ইরা ; বিফোর খৃষ্টান ইরা) গী অহানবা মিল্লেনিয়মগী মতম অদুব্রাইদা লেপ্লগা য়েংথরম্লবদি ঐখোয়না শেংনা উরমগনি মদুদি খৃষ্টান ইরা হৌদ্রিঙৈ মমাঙগী চহী ৮০০ দগী ২০০ ফাওবগী বি সি ই স্বাইদা ধর্মশিং মালেমদা মরা তাবা হৌরকখি। মরু ওইনা মতোল লেমখিবদি ৫০০ বিসিই বুদ্ধগী মতমদনি। মসিব্রাইদা হিন্দু নত্তনা কনানা কনাগীসু ইথিল চঙবা থোইদোক্লা তৌনদনা পৃথীবীগী মফম অহুমদা কন্সায়সনেসকী শীঙথাবা য়াবা অচৌবা অহোংবা অমা থোকখি। মতমদুদা ঐখোয়না থাগী লৈমায়দগী চিনাদা য়েংথরম্বা মতমদা অচৌবা ওজা ২ থোক্লকপা উরমগনি; (১) লাউ-জু অমসুং (২) কনফুসিয়স। মখোয়না শাগৎলম্বা লৌশিং জ্ঞানগী মচাক্লা চিনাগী ফিলোসোফিগী স্কুল কয়া থোক্লকখি। অদুগা খা থংবা হিমালয়গী জিওগ্রাফিকেল জোনদা য়েংথরম্বা মতমদা বুদ্ধ অমসুং মহাবীরনা রিভোলুস্নরি ওইনা মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা রিয়ালিষ্টিক ওইনা মায় পাক্লা পানশিনবা য়াবা অনৌবা ধর্মগী লীক্লমশিং পুথোকখিবা অদু উরমগনি। বুদ্ধগী মাঙ ওইরপ্পা বেদগী লাইশোন তীনশোনগী ওইবা তেংবানবগী মরীদা ভাবনা শাবা হীন্দুইজম থোক্লকখি, অদুবু মমৈদা উপনিষদশিংনা পুমশেম শেমদোকখি। ৬ শুবা চহীচা বি সিদা পার্সিয়াদা জোরোষ্টর (জারাথুষ্ট্রা) থোক্লক্তুনা *তাইবং মপুদি অমত্তনি, মীওইবগী পুন্সিদি অফবা অমসুং ফত্তবা অনীগী মরক্তা শোক্লরিবা লানফমগী লাম্মী ঙাক্তনি* হায়রম্মী। অদুগা ঐখোয়না নোংচুপ লমগী অরাপ্পা মফমদুদা য়েংথরম্লবদি নোংপোকথংবা মেদিটরেনিয়ানগী লমদমদা হায়ফেৎ মান্নরপ তৌবা অহোংবা অমা উবা ফংলমগনি। ইজরেলগী জিয়ু প্রোফেটশিং ঃ এলিজা, ইসাই অমসুং জেরিমিয়া কৌবা অনৌবা ধর্মগী ঈফুৎশিং থোক্লকখি। য়ুরোপিয়ান জোনগী গ্রীসতা নোংচুপকী ব্রাংউলোন থোক্লকখি। সোক্রেটিস মমাঙগী কোস্মোলোজিষ্টশিংনা তেংবানবগী ওইথোকপা য়াবা ব্রাংউলোন থিরম্মী । মতুং তারকপদা সোক্রেটিশনা এথেন্স মচাশিংগী মোরেল কন্সায়সনেস মীকপ থোকহল্লম্মী। মদুগী ময়েক থোইদোক্লা লাবা মওংদা, প্লেটু অমসুং এরিষ্টোটলনা অচুম্ববু নৈনবগী মেটাফিজিকেল সিষ্টেম নৌনা পুথোক্লম্মী। মসিদগী ধর্মনা অফ-ফত্ত নৈনবগী ওইবা অমসুং সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা থিজিন-খোমজিনবগী হীরম অমা ওইনা প্রাক্টিকেল অমসুং থীওরিগী মওংদা চথরমদুনা ব্রাহম্লোক লৈনা থোইদোক-হেন্দোক্লা মীওইবগী পূক্লিংবু চিংশিনবা ঙম্লক্লি। ❑

# অহমশুবা পন্দুপ

## পুৱারীগী চাংয়েংদা
## মৈরা পায়বী

মৈরা পায়বী মণিপুর পুৱারীগী চিদ-চিরবা তাক্কী পুৱারীনা পীরকপা খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা খুদোলশিংগী মনুংদা অমনি। ৱাফম অসি ঈরৈচা পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা য়ানবদা নত্তনা হিহোন তিন্নদ্রবা ইন্দিয়ান আর্মিগী মকোক থোংবা ফম্লাইবশিংনা মচীন থোক্লা ফোঙদোকখ্রবা অমনি। তশেংনমক মৈরা পায়বী ঙসিগী মণিপুরি খুনাইনা হোল্লিবা হিহোন অসিগী নৌরেল পায়রিবা খুৎনি। মণিপুরি জাতিগী আশানি। মহাক য়াওদ্রবা মণিপুরি খুনাই হামচেৎ হামপোইনরবা অমদি তুংলমচৎ মম্লবা খুনাইনি। মণিপুর ৱাংমদা ইণ্ডিয়াগী অসাম, বেঙ্গলনচিংবা ষ্টেটশিংদা মৈরা পায়বী লিংখৎনখিবা অসিনা খুদম ওই। অসুক্কী মতীক মমল লৈরবা পুৱারীগী খুদোল ওইবনা খুনাইগী মখল খুদিংমক্কী থাক্তা লৈবা মীওইশিংগী থমোয়না মঙোন্দা ৱাহং কয়াদি হংনিংলমগনি। ৱাহংশিং অদুদি- মৈরা পায়বীনা মশাগী শক্তম ঙাকপা মতম চুপ্পগী ঙমগদরা ? রাজনীতি তৌবশিংগী লাংদা হেক হেক থুরিবসিনা করিগীনো? লেমজনিংঙাই ওইবী মৈরা পায়বীগী মিংদা করিগী ইজ্জৎ মিংচৎ তানবনো, করিগী মৈরা পায়বীবু লল্লোনবনো? চীংতম শীঙ্গুংনা মৈরা পায়বী পুথোকপা করিগী ঙমদ্রিবনো? অকোয়বগী ফীভম নোংমা নোংমগী অরুবা তাঙ্কক অমদা লাকপগা লোয়ননা মৈরা পায়বীনা মদুবু মায়োক্লনবা কদায় ফাওবা শেম শারবগে? অসিগুম্বা লুরবা ৱাহংশিং অসি ঙসিগী মৈরা পায়বীনা পাউখুম পীদবা য়াদ্রিবনি। কয়াদা দায়ত্ব লৈরিবা লুহুপনো মৈরা পায়বীনা ঙসি উপলিবা।

তশেংনমক মণিপুর খুনাইদগী মৈরা পায়বী থোরকখিবা অমসুং মহাক্কী তুংলমচৎ অসি লায়না লৌবা য়াদবনি। ইং ১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫ দা ইণ্ডিয়াগী ফীবাম্নুংদা মণিপুরবু নমদুনা চঙহনম্লবা মতুংদা মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখিবগা লোয়ননা তুহৎপীবা, নমথবীবগী ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লোন চত্থরকখি। মণিপুরবু নমলৌ লৌশীনখিবা অসিগী মায়োক্তা নহারোলশিং মখুত্তা খুৎলায় পায়খত্তুনা লানহৌ চত্থরকখি। মদুগী অকনবা চাংদি ইং ১৯৭৮ শ্বাইদনি। মতমদুদা ইণ্ডিয়াগী লাম্মীশিংনা মণিপুর মীয়ামগী মফমদা

চখৎরকখিবা মীহাৎ মীপুন, মীওৎ-মীনৈ, ফান্ত্রগা মফম খঙদনা মাঙহনখিবা, নুপীশিংবু ইজ্জৎ মাঙহনখিবা মীওইবনা খাঙবা ঙম্বগী পনখৈ ৱাংমা লান্নিংঙাই ওইরবা তাঙ্কক অসিদনি, মৈরা পায়বী থোরকখিবা। ইং ১৯৮০ গী এপ্রিল ২৬ দা পাৎশোয় লাংজীংদা লৈবা সিআরপিএফনা আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱার্স এক্ট, ১৯৫৮ গী মখাদা কা হেনবা থবকশিং চখৎরকখি। মথাদা মচা কোঞ্জরিবী মীতৈ চনু বিনোবু কাপ্তুনা হাত্তোকখিবা, ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্ডতা ড্রাইভর ওইবা অঙৌ অমসুং লৈকায় অদুমক্তদা লৈবা নাওরেম ইন্দ্রজিৎপু তমথীবা মওংদা হাত্তোকপীখিবা অমসুং নোংঙাল্লগা খ্বাইরম্বন কৈথেলদা পোৎফম ফমজবী থম্বাল সনাবু কাপ্তুনা হাত্তোকখিবা অসিনচিংবা থৌদোকশিংগা লোয়ননা মীওৎ মীনৈ চখৎরকখিবা কয়া অসিগী মায়োক্তা মণিপুরগী নুপীশিংনা ঈহৌ চখৎরকখি। ইং ১৯৮০ মে ২৮ দা ঈহৌ চখৎরিবা নুপীশিংবু ফারগা গাড়িদা হাপচীন্দুনা পুবদা নামৈরাকপম নীংঙোল সিনাম ওংবী পিয়ারি গাড়িদগী তাদুনা মপুক্সি লোমখি।

পুৱারীগী য়াম্না মরুওইবা থৌদোক অসিবু নীংশিংদুনা মেগী চৈচৎ ২৮ বু মৈরা পায়বী নুমিৎ হায়না পাঙথোক্কুনা লাক্লি। মীরোল অহুম ফারক্কদৌরবা থৌরমশি ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা পাঙথোরক্লি, কুইর-কুইরগা মপুঙ ফানা পাঙথোকপা হেল্লক্লি। মদুগী শাফু লৈবা, চন্নফম লৈবসু হেল্লক্লি। পনবা য়াই মদুদি মৈরা পায়বীগী মাঙদা সেক্যুরিটি ফোর্সকী নাপল মৱাক চামথরক্লি। মখোয়গী কা হেনবা শাজৎ মৈরা পায়বীনা লাকথবা ঙম্লক্লি। মখোয়গী মীংচৎ থীবা হেল্লক্লি। মালেমগী মীয়ামদা পাউদমদুনা ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কী লোইলম শাজৎ অসি শাবাক ফাক্লি। ইণ্ডিয়াগী সেক্যুরিটি ফোর্সকী মোরেল হস্থহনবদা নত্তনা ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লোনগী চিহৈ নাইবা ৱাখল্লোনবু থেংখাঙ কয়ারক হন্না তশেংনা মায়থিবা পীখিবা অসিনা মণিপুরগী অসিগুম্বা ঈহৌবু হকচীন্না লৌবা লৈ, অঙম্বা থাক্তা মণিপুরগী মায়োক্তা হোৎনবা উরি।

তমথীরবা অমুবা আইন আফসপাদগী শরুক কয়া হেন্না তমথীরবা অরোনবা এজেন্দানা মণিপুরদা চঙলকপা অমসুং থবক ওইনা উৎলরি। ষ্টেট টেরোরিজমগী মশক ওইরবা লাম্মীগী মীওৎ মীনৈ অসিদা নত্তনা লমদমসিগী মীয়ামগী পূক্লিং ৱাখলদা অকী-অখঙনা লাঙ্গোয় চলহল্লিবা অসিনি। সেক্যুরিটি ফোর্সনা মীচম ফারগা মাঙহল্লিবা, এনকাউন্টরগী মিংদা হাৎলিবা হালেঙদবা মতৌ অসি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লা শৌগৎপা নত্তনা অতৈ করি ওইগনি। পীকখ্রবা ষ্টেটসিগী এঠনিক গ্রুপ খরবু অতম্না হাৎনহন্দুনা অমদি হাত্তোক্কুনা ডিমোগ্রাফিক ইমবেলেন্স থোকহল্লিবসিনি। এঠনিক ক্লিনজিং, নার্কোটিক ড্রগ ৱার, তম্মীগী মায়োক্তা চীংমীনা মুক্রহনবা খিবিক অসি ইন্দিয়া লৈঙাক্লা শৌগৎপা

থৌওংনি। মদুগী তশেংবা খুদম হায়ববু, ষ্টেট টেরোরিজম চত্থবা ঙমহন্নবা অমুবা আইনশিং চৎনহল্লি। য়ুনিয়ন হোম মিনিষ্টরমক্কা অৱাং নোংপোক্তা মরুওইনা মণিপুরদা থোক্লিবা লানহৌবগী ঈহৌ অসি পোলিটিকেল প্রোব্লেম নত্তে, লো এণ্ড ওর্ডর প্রোব্লেমনি হায়রি। মসি হায়বগী মরমদি অৱাং নোংপোক লমদমসি ভাব মেন তানা হায়নবা য়াদে, সব-হ্যমনগী থাক্লি, ঈহৌ খুদিংমক নম্ফু-হাফুদা লাকশীনগদবনি হায়বগী য়ুম্ফম ওইনবনি।

মসিনা তাকপদি অফংবা উপাই খুদিংমক শীজিন্নদুনা অৱাং নোংপোকপু মরুওইনা মণিপুরবু নমথদুনা থমগদবনি হায়বসি ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লোনগী ৱাখল্লোন ওই হায়বসিনি। মসিগী মরুওইবা মরমদি ঙমখৈ লমদম খমথেংবদা লৈরিবা মণিপুরদা হৌরিবা লানহৌ অসি অৱাং নোংপোক্কী লানহৌ অতৈগসু মান্নদে। নেসন ষ্টেট অমগী মচাক খুদিংমক ৱাত্ত-পাদনা লৈজবা মরম্না লানহৌবগী মোরেল নিংথিনা ৱাংঙি। সেল্ফ ডিটর্মিনেসন তানবগী মরম চাবা লৈ, মেরিট লৈ। লোন, কলচর পোলিটিকেল ওই, ষ্ট্রেটেজিক ওই। মসিনা খা নোংপোক এসিয়াদা এলায়েন্স থিদুনা মশাগী নোংপোক থোঙ হাঙবদা থোইনা হেন্না মায় পাকনিংঙাই ওইবনা ইণ্ডিয়াগী সেক্যুরিটিদা কাশ্মীরদগী তাদনা খুদোংথীনিংঙাই ওই হায়বসি ইণ্ডিয়ানা খঙঙি। মরম অসিননি, অরোইবা থাক্তা মণিপুরদা জেনোসাইট, অমসুং খ্বাইদগী শাথিরবা ষ্টেট টেরোরিজমগী থৌওং চত্থরিবা, তুংদসু হেন্না চত্থগদৌরিবা।

লুরিবদি, গ্রাউণ্ড রিয়ালিটি অসিনি, মৈরা পায়বীনা লাম্থেং পীবা তারিবা। লোইলম লৈঙাক্কী ঈচেল অমসুং মদুবু শীঙনবা ঈচেল হায়না ঈরোঙ অনি ফাংনা চেন্থরিবা ঈচেলশিংসিগী মনুংদা অমা ওইরিবা মৈরা পায়বীগী থৌদাং ঙসিদি য়াম্না চাউরক্লি। পুৱারীগী অকা অকুমগী খোঙচত্তা মুক্লবা ঙমদনা লৈহৌরবা ফুরুপলা নৎত্রগা, লোইলম লৈঙাক্লোনগী উচলবু লাম্থেং পীদুনা মীয়ামগী অপুনবা পাঙ্গল ফুদোক্লগা অনৌবা য়াওলগী অনৌবা রাজনীতিগী মীৎকপ থোকহনবা ঙমগদৌরিব্রা হায়বসি ঙসিগী চিরবা তাঙ্কক্কী মৈরা পায়বীগী খোঙথাং, থৌদৌ, খোঞ্জেলনা ময়েক শেংনা উৎলকপা তাবনি। অসিগুম্বা অরুবা ফীভমসি মায়োক্লবা মৈরা পায়বীনা কদায় ফাওবা থৌরাং তৌরবগে হায়বসি ঙসিগী মীয়ামগী থমোয়না হংলিবা ৱাহংনি। মসিগা লোয়ননা, খেৎনরবা ফুরুপ খুদিংমক্তা মরুওইনা চীংগী চীংমায় থুংনা মৈরা পায়বীগী ঈচেল ঈরাউখোল লৈত্রবদি মৈরা পায়বীগী হকচাং কয়াৎ শাগৎপা লোইদ্রি হায়না লৌবা তাই। চঙশিল্লিবা লম্বীসি তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী লিংজেল মান্নবা চঙঙি। য়ুনিটি লৈত্রবদি পান্দম ফংবা ওইথোক্রে। মণিপুরি জাতিগী তুংলমচৎ শেন্নরিবী অশেংবমক্তা ওইরবদি লোইজীং লোয়া চীংমায় খোন্না জাতিগী মৈরা পায়খৎহনশি, মদুনা ফুরুপশিংগী থম্মোয়দা তারিবা অমম্ববুদি শোয়দনা ঙালহনগনি। ❑

# চাকান গানঙাই

## পূন্না হিংমিন্নবগী থৌরম

মণিপুর তম্পাকলমগী ষ্ট্রেটেজিক ওইবা মফম খুদিংদা খুন্দাবদা নত্তনা মণিপুরগী অৱাং অমসুং নোংচুপ ঙমখৈ লমদা খুন্দাদুনা মণিপুর পুৱারীগী অকা অকুমগী তাংকক খুদিংদা পূন্না শরুক য়ামিন্নরক্লিবা কবুই ঈরৈচাশিংনা ৱাকচীং থাদা হরাউ পুঙখোল য়েরকপা শেমনৈ (শেম্বুং) খোঞ্জেল তাবদা পুক্রিং নুংওল্লমলোইদবা তম্মীশিং, মীতৈশিং পঙলৈ লৈরমলোই। মীতৈগী মফমদদি নহাদগী অহল ফাউবা কবুই শেম্মেনা শুঙ্কংপা ঙমলোইদবা মীওই তাঙই। কবুই নাংকী মচু মচুগী ফীজোলনা লৈতেংলবা লৈশা পাখংশিংগী অদুঙৈগী জগোই ঈশৈনা শুমলুরবা ঙসিগী মীতৈ অহল্লোনশিংনি। তুম্পক-তুম্পক রাশি লৈনা ঙাঙ-শকপা কবুই পুন্সিরোলনা মীতৈশিংবু থমোয় নৌহন্না হিংমিন্নরকখিবনি। খুনাইগী থৌদোক-থৌরমশিংদা, শেনমিংলোনগী অমদি চংনবী নাংকি থৌরমশিংদা মতেক খরা মীরানগী হুনা মরম ওইদুনা লাপথোক্লবা মাল্লুরবসু অনৌবা মতমগী মপু ওইবগী ঈচেল লাক্লবা মতমদদি কবুই পুন্সিরোলবু অনৌবা মীরোলনা চপচানা ইকায়খুম্ননা লাকখি। মসিগী মহয়না ওইবা তাই, ঙসিগী অওনবা খুনাইগী ঈচেলদা কবুই ঈরৈচাশিংনা লৈবাক্কী অপূনবা শক্তমগী থৌরমশিংদা মাঙজিন থানা চঙশিন্নরকলিবা অসি। খুনাইগী অমসুং লৈঙাক-ৱায়েলগী থাক্তা কবুই ঈরৈচাশিংনা চপচাবা মফম কন্দুনা লুচিংবা ওইরকপদা মণিপুর মীয়াম্না থোইদোক্লা মীতৈশিংনা থাজবা পোক্লবগা লোয়নন পুক্রিং থৌগৎনরিবসি ঈফুরুপ অসিগী ঈরৈচাশিংগী মপু ওইবগী ৱাখল্লোন অদুননি হায়বদা লাল্লরোই। অসুম্না অতৈ হীরম কয়াদসু পুকচেল তিংনা শরুক য়ামিন্নরিবা কবুই ঈরৈচাশিংনা য়েরকপা পুঙখোল অসিমক ঐখোয় পূন্না অমত্তা ওইনা হিংমিন্ননবগী ঈশৈনি হায়বদা লাল্লরোই।

অদুবু হৌখিবা থাদা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা কুম্মৈ অসি হোলিডে লিষ্টতগী লৌথোক্লবা হোংনখিবগী মতাঙদা অপূনবা মীয়ামদগী ফংখিবা খোল্লাউশিং অদুমক তারবদা অপেনবগী মশক ওইখি। মণিপুরগী মরুওইবা লুপশিংনা য়াম্না পেন্দবা মওংদা ৱাকংনরকখি। ঙসি গান ঙাইনা লৌরিবা থৌদাং অসিনা মরুওইরকপা মরম্না মীয়ামগী খোল্লাউ অদুক্কী মতীক কনখি। মীয়াম্না ঙমদুনা গবর্ণমেন্টকি ফিরেপ হোংখি। হোলিডে লিষ্টতা অমুক হন্না চনখি। গান-ঙাইগী পুৱারীদা মায় পাকপা তাংকক অদুনি। মসিগী মথক্তা থোইদোক্লা শীঙথানিংবদি, গান ঙাই ঙসিদি কবুইখক্তগী নত্রে। কবুই ইপা ইপুশিংনা কবুইগীদমক্তা কলচরেল হেরিটেজ ওইনা থম্বীরমলবসু ঙসিদি মসিবু শোইদ-

ঙামদনবা অমদি চাওখৎহন্নবা শেন্নরিবা মীওইশিংদি লমদমসিগী মীয়াম্না ওইরক্লে। মণিপুর মীয়াম্না গান-ঙাইগী মপু হায়বদু ওইরে। অদুগা অমরোমদসু, অহোংবগী শক্তম অসি ঙসি ঙরাংদা পুরকখিবা নত্তে। লমদমসিগী পুব্বারীগী অকা অকুমগী তাংকক খুদিংমক্তা অব্বা নুংঙাই পূন্না শরুক য়ামিন্নরকখিবগী মপু ওইবগী ব্বাখল্লোন্না লৈবাক্কী অপূনবা শক্তমগী ঈচেলদা তশেংনা ঈনোৎ পীরকপা মরমননি অমসুং অসিগুম্বা মখলগী মমল য়াম্লবা ফুরুপ অমগী য়েলহৌ নাৎ ওইবা কুম্মৈ অসিগী মতীক মগুণ তশেংনা লৈবা মরম্ননি।

নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা পাঙথোকপা কুম্মৈ অসিগী নোংমা নোংমগী ওইবা থৌরমশিংদা ***খংচু (পাখণ্ড-ফান)*** অমসুং ***লুচ (লৈশা-ফান)*** না লৌরিবা পুক্লিং হুনা ফজরবা থৌরমশিং, লৈশা পাখণ্ডশিং পূন্না শামিন্নবা জগোই ***খোরগু নলাম***, লৈকাই অদুগী মৌ অনৌবীগী শুমাঙদা শাবা শুম্মাংনিঙাই ওইরবা জগোই, মদুদা ইমুং অদুনা অপেনবা উক্তনা শেল ওইনা কৎলগা য়াইফ-থৌনিজহৌবগী নুংঙাইরবা নাৎকী কুম্মৈ মীৎফম হোংবা ঙমদবমখৈ ফজে।

কবুই অখণ্ড অহৈশিংগী মত মতুঙইন্না, মীওইবনা অদুঙৈ হিংনবা হোৎনরকপগী মীহৌরোলগী তাংকক্তা থেংনরকপা অমম্বা তাইবঙদগী অঙানবা মশেক ফংনবা, মৈগী কান্নবা ফংনবা হোৎনরকপদা তাইবঙ মপু ***তিংকাউ রগ্বাং*** গী থৌজালদগী মৈবা চিংদুনা মৈ পুথোক্লবদা হরাও মথোই কাখিবা অদুবু নীংশিংদুনা কুম্মৈ অসি পাঙথোকপনি হায়বসিনি। মৈবা চিংদুনা লৌখিবা মৈশেং অসি কবুই য়ুমথোং খুদিংদা য়েনথোকই। চৎলিবা চহি অসি নুংঙাই য়াইফবা চহি ওইনবা থৌনিজৈ। মথংগী অনৌবা চহি লাক্লিবা ফাওবা ফুঙ্গা লাইরুদা মৈ য়োক্তুনা থমই। মৈ মুৎলবদি নুংঙাই য়াইফবা মাঙঙি হায়না থাজনৈ। মীতৈ মীহৌরোলদসু মৈবা চিংদুনা মৈশেং লৌরগা মদুবু য়োক্তুনা খুঞ্জাও লৈচাওনা নুংঙাই য়াইফনা পান্নবা থৌনিজৈ। পোইরৈতোন খুম্থোকঙৈদগী চৎনরক্তুনা মৈশেং অদু কম্বিদা হাপতুনা পুরকখিবা অমসুং অন্দ্রোদা য়োক্তুনা থমখিবদগী ঙসি ফাওবা মুৎপা লৈতনা চাক্লিবা অন্দ্রোগী মৈশেংনা শাক্ষি ওইরি।

থৌরমসি পাঙথোক্লিবা ব্বাকচিংগী ১৩ নি পানবা নুমিৎসিনা কবুই চহি হৌবগী নুমিৎ ওইহনবগী ব্বাফম লৈরি। মীতৈশিংগী মরক্তসু ব্বাকচিং থাদগী চহি হৌবগী ব্বাখল্লোন অসিনা লমদমসিগী লম্মিৎ তুম্মিৎলোনগা চান্নে হায়বগী ব্বাফম লৈরি। অসিগুম্বা ঐখোয়গী ফুরুপশিংগী মরক্তা মরুওইনা কবুই মীতৈগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদনা লৈনরক্লিবা মরী অমদি কম্মন হেরিটেজশিং অসি মশীং থীঙমদনা লৈরি। হীরম খুদিংদা (য়েলহৌগী ওইবা) মান্নবগী শক্তম অমনা অদুম্মক লংলা ওইনা লেংদুনা লৈরমলি। অমত্তং পল্লবদা, পাখণ্ডবা অমসুং সনামহীনা গুরু ফাংখোঙ অমসুং নোংখোঙ কোয়খিবা অদুমক কবুইগী ব্বারীদা লৈরি। তিংকাউ রগ্বাং (অতিং কোক লাইনিংথৌ)না মমাগী মতেং ফংদুনা রগ্বাং (লাইনিংথৌ) খুভম ফংখি। ময়াম্বনা শাউরদুনা মনাউনা পানবা লৈবাক্তা লৈররোই হায়না খা পাংনা চৎখ্রগা অহিং অমত্তদা থৌপুমচীং থোনগত্তুনা মহাক্কী লৈফম শেমখি। অদুবু

নোংঙাল্লগা হন্না য়েংথোক্লবদা মনাও নুপাগী লৈফম শোরারেলগী খুদানি হায়রিবা ***কবুইরু (কৌব্রু চীং)*** উরুবদগী অমুক হন্না খৌপুমচীং থাদোক্লুনা বরাক তুরেল মরীল পাংনা চৎথখি হায়বগী থাজনবা লৈরি।

অসুম্না মণিপুরগী শম্ভোং ঙমখৈ অরোয়বদা য়ৌরক্লুনা বরাক তুরেল মপান্দা লৈবা পুবোন চীংগী শুরুং মনুঙদা লৈখি হায়বগী ৱারী শীঙবুলনা কবুই চারোল-শুরোলশিংবু খোমজিন-তাশিন্দুনা অপূনবা কবুই খুনাই ওইনা ঙসি লৈরিবনি। অসুম্না শিলচরগী মনাক্তা লৈরিবা পুবোন ইবুধৌ অসি মীতৈগী সনামহীগা চপমান্নে হায়না লৌনরিবনি। কবুইশিংনা য়েলহৌঙেদগী হৌনা লুনা নীংজরকপ্রবা লুপ্রবা লাইফমনি। সনামহী খুরুম্বা মতমদা সনথোং মায়কৈ (মোইরাং লায়জি) ওল্লগা খুরুমনরিবা অসিমক মণিপুরগী সনথোং মায়কৈদা লৈরিবা পুবোন ইবুধৌগী মফমদসু খুরুম্বনি হায়না লৌনরিবনি। মীতৈ ইমুং খুদিংগীসু মতৌ অসুম্না লৈরিবা অসিগী অথুপ্পা ৱারী অমসুং কম্মন হেরিটেজ অসিনা মণিপুরী নেসনেলিজম ওইনা চন্নফম খঙলবা মায়চৌ অখণ্ড অহৈশিংগী পাউতাক মতুঙইন্না বোধচন্দ্র মহারাজনা লাইফম তীনফম কয়া চত্তুনা খুরুমজবগা লোয়ননা পুবোন লাইফম অসিমক্তদা কয়ারক হন্না চত্তুনা খুরুমজখি। ইং ১৯৪৯ ৱাকচীং থানিল নুমিত্তা অমসুং ইং ১৯৪৮ ৱাকচীং থানিলদা মহারাজনা পুবোন ইবুধৌদা পরৈ চেৎনা খুরুমজখি।

মণিপুর পুৱারীদা থোইদোক্লা নীংশিংনিংঙাই ওইবদি, নরসিংগী শুরোন ওইবা মহারাজ চুরাচান্দনা হিন্দুগী অমাং অশেঙগী তমথীরবা পল অদু নমখায়রগা ইং ১৯৩৪ ওক্টোবর ১২ দা কৈশামথোঙ কবুই খুন্দা লেঙথোরক্লুনা ***গান ঙাই*** শরুক য়ারখিবা অমসুং তমেঙলোং চীংশাঙদগী লাকপা কবুই মীয়ামদা পুকচেল খোয়জেল অমত্তা ওইনা তিন্ননবা, খুঞ্জাউ লৈচাওনা পান্নবা য়াইফ থৌনিমিন্নখিবদু কবুই মীয়াম্না ঙসিফাও কাউবা ঙমদনা শোন্নরি। লমদমসিদা কবুই ঈফুরুপচাশিংনা কল্লিবা মফম অমসুং লৈবাক্কী তুংলমচত্তা কবুইশিংনা লৌবা য়াবা থৌদাংদু খঙডি হায়বগুম্না চুরাচান্দ মহারাজনা পুরম্বা ৱাখল্লোন অদুমক মহারাজ বোধচন্দ্রনা মখাতানা চত্থখি। অসুম্না চীংতমগী হীরমদা অওনবা খোঙথাং অমদা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা পুকচেল তিংনা পায়খৎলকখিবদু কবুই ঈফুরুপশিংদি নীংথিনা খঙহৌখি। মখা তারকপা ওইনা নিংথৌশিংনা পায়খৎখিবগী অমসুং ঙসিমক নিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওবনা চীংতমগী হীরমদা লেপ্পা লৈতনা পুক্লিং চঙনা চত্থরি। মসিমক কবুইগী গান ঙাইগুম্বা মগুণ লৈবা নাৎকী কুম্মৈনা পীরকপা কান্নবা অদু খঙবা মরম্বনি। গান ঙাইগী শেংলবা মৈবাগী মৈশেং অদুগী মৈঙালদা মণিপুরী জাতিগী তুংলমচৎ অসি শান্না উবা ঙম্বগী মগুণ চেল্লি।

চীংমীসু ওইরিবা তম্মীসু ওইরিবা কবুইগী য়েলহৌ নাৎতা পুকচেল শেংবগী খুদম ওইরিবা গান ঙাই ঙসিদি কবুই খক্তংগী নত্রে, মণিপুরি মীয়ামগী ওইরে হায়বদা লাল্লরোই। মণিপুরি জাতিগী অথুপ্পা লন অমা ওইবগী শক্তম ময়েক হেন্না শেংলক্লি। অনৌবা চহিগী অহানবা জাতিগী কুম্মৈ ওইনা অওনবা ৱাখল্লোন অমদি চীংতম ইমা অমত্তগী মচানি হায়বা ৱাখল্লোন অদু মরা হেন্না চেৎলসনু। মায়পাকপা ওইসনু ঐখোয়গী পুৱারীগী অখন্নরবা লীকলু, গান ঙাই। ❑

# য়ুঙাং য়োনবা থিংবগী ঈহৌ

মচন মনাও অনীনা মতম অমদা থাজবা ব্রাৎনরুরবসু হন্দক মণিপুর *লেজিসলেটিব এসেমব্লীনা মণিপুর লিকর প্রোহিবিসন (এমেন্দমেন্ট) বিল* ২০০২ অয়াবা পীদুনা অমুক হন্না মণিপুরগী চীংগী লমদা ফোংনা য়ুঙাঙ য়োলহন্নবগী থবক লৌখৎপা হৌখিবগী মতাঙদা তম্মী মীয়াম্না মরুওইনা তম্পাক লম ইমা ইবেলগী লুপশিংনা মদুগী মায়োক্তা শীংনবা খোঙজং কন্না চখরকপা মতমদা চমজরবা চীংমীশিংনা মুন্না য়েংথরকখি। পুম্নমক্কি মবুক চমথখি। মপু ওইবগী ব্রাখল্লোন ঈচেন্না লেপনাইদনা চেম্থরম্বদু মৈনুংদা সনানা ফুদোংবগুম্না হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকপগী তাঞ্জা ফংহনখি। অহিংগী অমম্বনা হেন্না শুক্না মমলকপদা নোংঙানবোইরে খঙমিন্নখি। হরাও নুংঙাইফমদা খুনাইগী মশক লেপ্লদি লায়রদুনা হেন্না হেন্না হিংমিন্নবগী মশক মাঙথরমলি। অব্রা-অনা নংমিন্নরবা মতমদা হেন্না চৈনাখোল ফাওবা অমদি পূনশিল্লগা শেম্বা খুনাই অসিনা তুরম্বদগী হৌগৎনবা হোৎনবদা মতীং থোকপা হানবা অসিনা পুন্না হিংমিন্নবগী ঈচেল নৌনা চেলহল্লমলে হায়বদু খঙনরে।

হৌখিবা ওক্টোবর ২২-২৩দা ইম্ফালগী জিএম হোলদা *পোইরৈ লৈমরোল মৈরা পায়বী অপূনবা মণিপুর, মৈরা পায়বী ৱেলফেয়র এসোসিয়েসন কংলৈবাক* অমসুং *ওল মণিপুর ৱিমন ভলন্টরি এসোসিয়েসন* না পূন্না শীনমিন্নদুনা পাঙথোকখিবা সেমিনার অদু থোইদোক্না মতম চাবা অমদি গবর্ণমেন্ট অমসুং মীয়ামদা য়াম্না কান্নবা অমনি। য়ু য়োনবগী অথিংবা গবর্ণমেন্টনা লৌথোকখিবা অমসুং মণিপুরদা লৈরিবা শেনমিৎলোনগী ক্রাইসিস হায়বা হীরমশিং অসিদা নৈন-চে ১৪ পাথোকখি। কাঙলুপ অয়াম্বগী অখঙ অহৈশিং খুদম ওইনা, এসএন গাংতে, ডা. বেঞ্জামিন গাংমৈ, ডা. কে গাইলাঙম, ডা. এম রাম, প্রোফেসার ক্ষেত্রিময়ুম বিমোলা অমদি চহিনা লুমশিল্লকপনা মদোম চৎপা ঙমদ্রবি ঐখোয়গী ইমা কোম্বী অমদি ডা. জামিনিনচিংবা মীওইশিংনা কাঙলুপ কয়ামুক্কী মীয়াম্না চোন্না তিল্লবা ইম্ফালগী জিএম হোলদা শরুক য়ামিন্নখিবদু খুনাইগী ঈহৌ অমগী, মরুওইনা নুপী ঈহৌগী লংলবা খোঙথাং অমনি।

য়ুঙাং ফোংনা য়োনবগী মতাংদা ডা. বেনজামিন গাংমৈনা হায়খিবা, "গবর্ণমেন্টকি থৌশিল অসিদি অরাপ্পা উবা ঙমদবা য়াম্না লানবা থৌওংনি। চীংগী লমদমখক্তদা অথিংবা লৌথোকপগী থৌওং অসিনা অসিগুম্বা আইন চৎনহনবগী মায়োক্তা অথিংবা পীদুনতা লাকখিবা তম্পাক্কী লানহৌবশিংগী অশাওবা অদুদগী নাথৈনবা হোৎনবগী থৌওং মানবা গবর্ণমেন্টকী অপীকপা ব্রাখল অদু উৎথোকচৈ। থৌওং অসিনা হান্নদগী হেন্না মরা লুনা তারবা অমাঙবা ওইরক্কনি।" অসিমক থোইদোক্না শীংথাবা য়াই।

ঐখোয়গী মগুণ লৈবা, মমল লৈবানাৎঅ য়ুম্ফম ওইবা ব্রাখল্লোম্না য়ু থকপা, য়োনববু লৈখা তারবা শাজৎনি হায়না লৌনৈ হায়বা ব্রাফম থমলদুনা ডা. দব্লিউ নবকুমারনা অতোপ্পা নাকল অমরোমদা অমুকসু মীওইবগী নীংখা তম্বা অমসুং শেম্ভুমগী ফিভম ফগৎনবা মায়কৈদা য়ু থকপা, য়োনববু খুনাইসিনা নাকোয়ননা শৌগৎপগী মমি উবা ফংলিবসি খরা হেন্না মুন্না য়েংমিন্নসি হায়না পল্লি। ঙসিদি ঐখোয়গী য়াঙলেন শরূ তেক্লবা ইকোনোমি অমগী মখাদা অব্রা চৈথেং নংলি। অসিগুম্বা পখদুনতা লৈরবা দিফিসিট ইকোনোমি অমগী মনুংদা ফোংনা য়ু য়োলহনবা থিংবনা মাঙহল্লিবা টেক্সকী শেনফম অসিগা লোয়ননা খরমখৈদি ঐখোয়গী শোকচিলহল্লবা ইকোনোমিবু মতেং পাংগনি হায়বসি পুম্নমক্না খঙনরবা ব্রাফম ওইরবসু, লাক্লিবা ব্রাহংদি, ঐখোয়গী নাৎকী ভেল্যু সিষ্টেমনা অরানবা মওংদা অয়াবা পীবা মানবা তুংকোইরোইদবা থৌওং অমদগী টেক্স খোমগৎলগা খরা শাফবা ইকোনোমি অমা শেমগৎপা নত্তনা অতে লম্বী অমত্তা লৈত্রবরা অসিনি। গবর্ণমেন্টনা মৈ, ঈশিং, লৌ-ইংখোলগী খাজনা খোমগৎপা ঙমদ্রিবা, লৈঙাকপা ফম্মাইবশিং য়াওনা ষ্টেট লোয়শঙ কয়ানা মৈগী খাজনা লুপা লাক্ককী মথক্তা তোল্লিবশিং অসি কমদৌনা খোমগৎকদগে হায়বগী মহুত্তা ফোংনা য়ু য়োলহন্দুনা টেক্স খোমগৎলগা তীঙ্গং-কায়জংলবা ইকোনোমি অমা মশা মউ ফহন্নবা হোৎনগনি হায়বসি নাৎকী ভেল্যু সিষ্টেম শীঙনবদা নত্তনা খুনাইগী শক্তমবু শীংনবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই হায়বসিনি।

প্রোফেসার বিমোলাগী ব্রাফমদা য়ু শুংবা, থকপা অসিনা ঐখোয়গী সিবিল সোসাইটি অসিগী নাৎকি শরুক অমা ওইরিবা ইঠনিক গ্রুপ খরগীদি পুন্সিগী শরুক অমা ওইরিবা অসিগী মরুমদা মিদল ক্লাসনা অমসুং মতৌ তম্বশিংনা য়ু থকপগী চাং ব্রাংখৎলকপা অসিনা খুনাইগী পুন্সিবু লৈখা তাহল্লে হায়রি। মী খুদিংবু মরূ চঙহনবগী মিৎয়েংদু নৎত্রে। প্রোহিবিসন লৌথোকপসিনা খুনাইদা কান্নগদৌরিব্রা নৎত্রগা, সেন্টরগী মতেং য়াওদনা হিংবা ঙমগদৌরিব্রা হায়না হংলি। পি লাইঙম অমসুং ধনবীর লাইশ্রমনা য়ু ফোংনা য়োনবগী থৌওংসি লাইব্বক থীবনি হায়রি। নোংমগী চঙদবা য়াদ্রবা হিংবগী পোৎলমশিং ফংহল্লু হায়না চহি ৫০ হেন্না চীংমীনা লাওরকপগী মহে ওইনা য়ুঙাং ওইনা ফংহনবসিদি মীয়াম চাওখৎহনবগী মিংদা লৈঙাকপশিংনা ওইজনবনি, হ্যমেন দিবলপমেন্ট পনখৈ লান্না চৎখিবনি। মসিনা চীংতম অনীগী মরীদা মুক্লবা ফীভম অমগুম্না লৈরিবা অসিগী মথক্তা হেন্না মতেং পাংশিন্দুনা চীংতম অনীগী মরক্তা *ডিভাইদ এণ্ড রুল পোলিসি* ওইখিনি। ঙসি ফাওবদা *কমন লো* শেম্বা ঙমদনা লৈরিঙৈদা চীংমীদমক য়ু থকহনবা মানবা থৌদৌ অমা ওইহনবা অসিনা চীংমীনা তম্মীদা অচৌবা মরাল অমা শীবা য়াবগী তাঞ্জা ওইহল্লি। প্রোহিবিসন লৌথোকপসিনা হ্যমেন ডিবলপ-মেন্ট, মোরেল ভেল্যুজ, হেলথ এন্দ ব্রেলফেয়রগী ব্রাংমা লান্না চৎশ্রগা ইকোনোমিগী মিৎয়েংখক্তদা য়েংদুনা চৎপা তারবদি ফংগদৌরিবা শেলশিং অদুবু খুনাইদা কান্নবা পীবা ঙমগদৌরিব্রা হায়বসি ব্রাহং ওইরি। অরাম্বম মেম্মনা খুনাইগী মায়োক্তা চথরক্লিবা থৌওং অসিবু চপচানা থেংনগনি হায়বা য়ুম্ফমদা চে পাথোকখি।

য়ু থকপনা মীওইবগী পুক্নিং হকচাং শোকহল্লিবা ব্রাফমগী মরীদা ডা. কে শান্তিবালানা পুথোক্লিবা চে অসি মগুণ লৈ। য়ু থকপশিংনা মসিবু পারবদি য়ু থকপা তোকপমক ঙমগদ্রা খল্লি। তোকপমক ঙমদ্রবসু চাং হনথবা ঙম্বগী মগুণ লৈবা পেপরদি ওইরে। অতৈ পেপরশিংগী মনুংদা ই বিজয়কুমারগী ফাইনান্সিয়েল ক্রাইসিস হৌরকফম পেপর পনবা য়াই। চহি ৫/৫গী মৌরাঙশিং অসিবু শীজিন্নবা মৌওং খুদিংমক্কী অশোয়বগী চাং হেনগৎলক্লি হায়না শেংনা তাক্লিবা অসিনা ঙসিগী অরুবা ব্রাফম ওইরিবা অমসুং পব্লিক এক্সপেন্দিচরগী মরমদা লৈরিবা মীয়ামগী ব্রাখল মিৎয়েং অসিনি। মসিবু থুনা ফহন্নবা মরম লৈত্রবসু রিসোর্স মোবিলাইজেসন অমদি খরচ হন্থহনবগা অনীসি থানবা য়াদনা চৎমিন্নহনগদবনি। অদুগা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা হীরম অমবু কয়া খঙফাত্তনা পায়খৎপা অসি তোকপনা ঙসিগী ক্রাইসিস মায়োক্নবগী অতোপ্পা মরম অমা ওইগনি। মসি তোকপা কান্দা ভেল্যু বেজ ওইবা হৌনবী থাক্কী লশ্মী লৈগনি। য়ু ফোংনা য়োনবা অমদি লোটরি পাঙথোকপনা চহিদা লুপা ক্রোর ৮০/৯০ লাক্নবসু অতোপ্পা শেন্দানবা য়াবা পান্বৈশিংদি মথৌ তৌদনা চপ লেপ্পুনা লৈ। কেবিনেট সাইজ পীকথহনবা, করপসন মুখৎপা, পব্লিক এক্সপেন্দিচরগী অশোয়বা মেনশিনবা অসিনা হেন্না লায়গনি হায়বসিনি।

মণিপুরগী *হৌখিবা লোইলম লৈঙাক্লোনগী ঈচেলদু* ঙসি ফাওবা লেপ্পা লৈতনা ইণ্ডিয়াগী রুলিং ক্লাসতগী ষ্টেটকী খুত্থাংদা চহি ৫৫ চুপ্পা চত্থরকপা *নিও লিবরেল নিও ব্রার্ল্ড ইকোনোমি* অসিনা মণিপুরবু হীরম অয়াম্বা শোকহনবদা মতেং পাংলি হায়না মোত পীরদুনা চিংলেন মাইস্নামনা অনৌবা মণিপুর অমগী মঙ মঙলিবা তুহৎপিরবা, লৈখা তাহল্লবা, মতমচুপ্পগী মিৎ-মায় পঙহন্নবা থমায়বিপ্রবা মণিপুরগী অপূনবা মীয়াম্না গবর্ণমেন্টকী থৌওংসিবু থেংনবদা শরুক য়ামিন্নগদবনি অমসুং ঙসিগী মনম নমথিরবা খুনাইগী শক্তম অসিবুসু অহোংবা পুরক্নবগী তাঞ্জা অমসু লৌহৌগদবনি হায়রি। অদুগা থিংনাম কিশনগী পেপরদা মণিপুরগী পোলিটিক্স তৌবশিংনা মীয়ামগী অনীংবা অপাম্বশিং অসিগীদমক প্রোজেক্ট পায়খৎনবা দিল্লীগী মবুংঙোশিংদা তক্লরগা পুরকপা ঙমদ্রি হায়না চৈরি। মসিগী মহুত্তা মশাগী শক্তিবু মরা তানা চেৎশিন্নবা হোৎনবদা মপুং ওইরি। লোইবা খম্বা নাইদ্রবা শাপ অসিদগী কোকহন্দুনা অশেংবা লশ্মী অমা উননবা অওনবা মিৎয়েং চঙলি। ফিভম অসি লাক্নবা থৌওংদি, মীয়াম হুপ্পা থম্মোয় শেংনা অকোন অহান নাইনা মঙলাক্নরিবা মফমসি তম্না চঙশিনবা মথৌ তারি হায়বসিনি।

অমর য়ুম্নামগী পেপরনা মণিপুরগী শেম্মিৎলোনবু করম্না ফগৎহনগদগে হায়না পল্লি। খুনাই অসিনা পামলিবা চাওখৎপা হায়বসি লমদমসিদা লৈরিবা তোপ তোপ্পা শক্তমশিং অসি মুন্না খঙলবা কান্দা অশেঙবা মশক উবা ফংগদবনি হায়রি। মসিবু কোনশিনবা অমগা লোয়ননা পাক্তক্লনা চীংতম চাওখৎমিন্নদুনা অশেংবা চাওখৎপগী মশক তানগদবনি। মসিবু ফংসি হায়রবদি ঐখোয়না নিতিগী পাঙথোক্লিবা থবক্তু করম্বা মিৎয়েংদা করম্বা শাজত্তা পাঙথোক্লিবগে হায়বদু য়েংশিন্দুনা অমসুং মদুবু চুমহনবনা অশেংবা চাওখৎপা ওইগনি অসিনি। মতাংসিদা তৌহৌগদবদি শেন্দান লশ্মী পীকচবা, হিংবগী ফিভম

চাদ্রবা চীংগী লমদমদা মপুং ফানা চাওখৎ-লম্বেল চথহনবা অসিনা ওইগনি। পুনশীন্নদুনা চৎমিন্নবা অমসুং তুং কোইবগী অপূনবা পুল্সি মহিং অমা শেমগৎপা তাবদা মীচং মীখায় নাইদবা শেম্মিৎলোনগী ফিবান্দা মোং হাদনা চৎলিবা মরী অসিগা লোয়ননা অপূনবা ঐখোয়গী লাইবক অমা শেম্বা ঙল্লবতদা ঐখোয়গী তুংগী আশা লংনা লৈগদৌরিবনি হায়বসিনি।

মণিপুরগুম্বা নুপী ঈহৌ কনবা লমদমগী নুপীশিংনা শীনবা নুমিৎ নীনিগী সেমিনার অসিনা পেপর ১৪ মগুণ লৈনা পুথোকখিবা অমসুং মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙমদুনা ষ্টেট গবর্ণমেন্ট অমসুং খুনাইদা মতীক চাবা ইনফোর্মেসন পীবা ঙমখিবসি শীঙথানিংঙাইনি। নুপী খুনাইগী ঈহৌদা নত্তনা লৈঙাক ব্রায়েল কাঙলোনগী অরানবা কয়াগী মায়োক্তা লমদমসিগী ঙসিগী চনুরাশিংদি নাইতোম মশেক মঙাল লৈবী ওইনা অমমমনা মতীক মথৌনা ফুদোক্লা মথৌ তৌনরকখিবা অসিনা মরম ওইদুনা অসিগুম্বা মগুণ লৈবা সেমিনার পাঙথোকপা ঙমখিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মসিগা লোয়ননা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা মীয়ামগী অপাম্ববু ইকাই খুম্নবিদুনা তৌফম থোকই হায়না খনবদু থৌনা লৈনা থবক ওইনা তৌহৌবনা তুংদা লাকপা য়াবা মীয়াম চরা শিৎমিন্নবা, মেন পব্রার মাঙহনবা য়াবা খিবিক অসিদগী মতম চানা কনবা ঙমহৌগনি হায়না থমজনিংঙি। ❑

## মোরেদা পাঙথোকখিবা

হন্দক্কী ২৫ শুবা আর্কাইবস ব্রিক নবেম্বর ২৮ দা মোরেদা ***নেসনেল রিছার্চ সেন্টর, মণিপুর*** গা খুৎশম্নদুনা আর্কাইবজ ডিরেক্টোরেটনা পাঙথোকখিবা থৌরম অসিদা শরুক য়াবিখিবা মোরে লমদমগী ইমা ইবেনশিং অমদি নহা-অহল ওইবশিং, ক্বাথা খুলদগী পুয়া পায়বা অমদি অতৈ মীওইশিং, ম্যানমার মচা তরেৎ য়াওনা কবুই অমসুং কুকি অখঙ-অহৈশিং, তোঙান তোঙানবা লুপকী মীওইশিংনা নোংমা নৎত্রগা নীনি চুপ্পা থব্রায় য়াওনা শরুক য়াবিখিবা অদুমক্কা থৌরম অদুগী মথব্রায় পালহনখি। থৌরম অদু চথরিঙৈ মনুংদা ম্যানমার মচা অমনা মীতৈলোন্দা ব্রা ঙাঙদুনা পুয়া খোমজিনবগী থবক্তা শৌগৎকনি হায়খি। থৌরম অসিবু মপুঙ ফাহনবদা মীতৈ কাউন্সিল, মোরেগী তেঙবাঙ নীংথিনা ফংখিবদুসু শীংথাদবা ঙমদে। থোইদোক্লা পুক্রিং থৌগৎনিঙায় ওইখিবদি, অরিবা রেকোর্ড অমসুং পুয়া থিজিনবদা শিনফম ওইরবা অমদি খঙ-হৈরবা অহল-লমনশিংনা

থৌরম অসিদা লৈতেংবিখিবা অদুনি। পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, য়ুম্নামচা খুদ্ধিচন্দ্র, ৱাই মুহিন্দ্রো, টি এস গাংতে, মোইরাংথেম নরেন্দ্র, জয়ঙানবা চোংথামচা, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ডাক্তর এন বিরচন্দ্র, খুলেম চন্দ্রশেখর, ককচিংগী গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, মনাউয়াইমা সিংহ, মুতুৱা বহাদুর, ডাক্তর কৃত্তি নচিংবা অহল ইবুংঙোশিংনা শরুক য়াখিবা থৌরম অসিমক থোইদোক্লা শীঙথাদবা ঙম্নরোইদবা অমনি। থোইদোক্লা অমুক পনবা য়াবদি নেসনেল রিছার্চ সেন্টর, মণিপুরগী রিছার্চর নহারোলশিংনা কন্না হোংনবিবদগী ক্লাথাগী খুলদা লোংলম্বা মমল য়ামখ্রবা পুয়া খরা পুথোরক্লুনা থৌরমদুদা ফোঙদোকখিবদুনি। মসিমক্তি *এনআরসি*গী রিছার্চর নহারোলশিংনা কন্না হোংনরমদ্রবদি থৌরমদুগী ওইনা পুয়া ফোঙদোরকপগী খুদোংচাবা লৈরমদবসু য়াই।

থৌরম অসিদা উৎখিবা মরুওইবা খরদি, *কুকি লানহৌ (১৯১৭-১৯১৯)*গী লন্দনদগী লৌরুবা রেকোর্ডশিং, মদুদা থৱায় কৎখ্রবা কুকি অথৌবশিংগী ফোটো খুদম ওইনা *জামপু খুল্লাকপা খুনতিংথাং, চহাং খুল্লাকপা পচায়, হীঙলেপ খুল্লাকপা পাখঙ, মোম্বী খুল্লাকপা ঙুলখুপ, লাইবোল খুল্লাকপা হেলজাহোন* অসিনচিংবনি। কামসোন কামৈনা পুথোকপা কবুই পুয়াশিংঃ *জৌপান কৈমৈ, কবুইগী য়েক সলাই (ট্রান্সলিটরেট), নৌকাউলোন, চাগা ঙাই, পেনুবম লৈমৈ, থৈগুই খৎপী লিংগুই, মাই রবমৈ, মাতুইমৈ - ঙাই* অসিনচিংবনি। থৌরমসিগী থৱায় হাপখিবা লাইরিক অমদি মীতৈ পুয়া ৭৩ ট্রান্সলিটরেট তৌদুনা লামায় ১১১১ পানবা *'অরীবা খুৎই লাইরিকশিং খোমজিনবা'* কৌবা লাইরিক অমা ফোঙখিবদুনি। পুয়াশিং অদুগী মনুংদা *অহোঙপুঙ লাল্লুপান, অয়াঙলমলোইপা, চকপা চায়রেল লোন, চকপা খুন্দারোল, কোম্বৌজম নোংকারোল, লাঙহুই সিঙখল, খুন্নুং শিংকাই, লাই খুন্দারোল, পাখঙবা তুথেক লৈরোং* অসিনচিংবনি। পুয়াশিং অসি ময়েক চৎপা অখঙ অহে অহলশিংদা ইথোকহনবনি।

থবক অসি থা ১৮ চঙখি হায়রি। নেসনেল আর্কাইবজ ওফ ইণ্ডিয়া, ন্যু দিল্লিনা য়াম্না পাম্না দাবী তৌরিবা লাইরিক অসিগী অনৌবা থৌওং অমনা পুয়া ১৫০ না মথংগী চহিগী মনুংদা ট্রান্সলিটরেট তৌগদবা লাইরিক মখল অসিনি। মসিনা মায় পাক্লবদি নেসনেল আর্কাইবজদা ডিমান্দ লৈবদা নত্তনা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা অদুম্মক ডিমান্দ চপচানা লৈগনি অমসুং ঐখোয়গী মীয়ামদা য়াম্না কান্নগনি। মতৌ অসুম্না, আর্কাইবজ চয়োল পাঙথোরকপসি ২৩ শুবা ফাউবগীদি ইম্ফালদা তৌরম্লবসু ২৪ রক শুবদগীদি হৌখিবা চহিদগী হৌনা ইম্ফালগী ৱাংমদা হায়বদি চুরাচান্দপুরদা *'জৌগম'* কৌবা লুপ অমগা খুৎশম্নদুনা পাঙথোকপা হৌখ্রে। হন্দক্লা মোরেগী ট্রেড সেন্টরদা মখল মথেলগী ফুরুপশিংগা লোয়ননা পাঙথোক্লি। মথংগী ২৬ শুবা আর্কাইবজ চয়োলগী থৌরম অসিসু ইম্ফাল

সহরগী অমসুং তম্পাক্কী ৱাংমদা তমেংলোং নৎত্রগা উখুলদা পাঙথোক্লবা হোৎনরি হায়বা ৱাফম অমা ওথোরিটিগী প্রোপোজেল ওইনা তাবা লৈগ্রে। মসিমক থবক ওম্থোরক্লবদি আসা তৌনিংঙায় ওইবা থৌরম ওইবা য়াই। লনাই মীওইশিংনা নৎত্রগা লুপশিংনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু হেক য়ৌশিনবা ঙমলোইদবা মফম অমসুং মতমসু লৈতবা নত্তে। নৎত্রগা অরিবা রেকোর্ডশিং অমদি পুয়া থিবগী থবক অসি শেল য়াম্না চঙনিংঙাই ওইবা মরমনা গবর্ণমেন্টকি মহুৎ শিল্লগা আর্কাইবস লোয়শঙনা চীং-মান্দা চঙশিনবদা নত্তনা চীংলোন মাপনগী ৱাংমদা, ঙম্লবদি, ম্যানমার মনুংদা লৈরিবা মীওইশিংগী মখুত্তা লৈরম্বা য়াই হায়না খন্নরিবা ৱাফম অসি ফাওবা কোনশিনবা য়াবা অমদি মায়পাক্না পুয়া ফংবা য়াবা ঙমখৈগা তাইনবা মফমশিংদা পাঙথোকহন্নিংবগী অপাম্বা পোক্লরি।

তুংগী মীরোনগী লমজিং লমতাক ওইগদৌরিবা ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা মমল য়াম্লবা অরিবা রেকোর্ডশিং অমদি পুয়াশিং খোমজিন্দুনা লীবগী (কঞ্জার্বেসন অমদি প্রিজার্বেসন তৌদুনা) শিন্থা পাঙথোক্লিবা আর্কাইবস ডিপার্টমেন্ট অসি মণিপুরগী মীয়াম্না ইখঙ-খঙনবা খরা ৱাৎপগুম তৌনরকই। মসি লাইবক থীবনি। তৌবগীদি অহানবা ইং ১৯৭৮ দা *মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি* দা আর্কাইবজগী অপীকপা সেক্সন অমখক মমিংদা ওইনা হাংদুনা লাকখিবা অমসুং লোয়শঙ অসি তোপ-তোপ্পা মমৈদা থোরকপগী মতীং ফুদোকপা লোইদ্রিঙৈ মতমগী মনুংদা লৈরিঙৈগী ফিবম অসিনসু মীয়াম পাক শন্না খঙনদবগী মরম ওইবা য়াই। থাক অদুদগী খরা ফগৎখিবা মতম অদুদি ইং ১৯৮২ মার্চ ৩১ নি, নুমিত্তুদা *ডাইরেক্টোরেট ওফ সোসিয়েল ৱেলফেয়র, আর্ট এন্দ কলচর* মণিপুরগী মখাদা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবজ লিংখৎখি। ইং ১৯৯৯ মার্চ ২২ দা ইম্ফালগী কৈশামপাৎতা লোয়শঙগী শঙলেন তোপ-তোপ্পা শাখিবা অমসুং ইং ২০০২ সেপ্টেম্বর ২৩ দা লোয়শঙ অসি ডাইরেক্টোরেটকি থাক্তা ওম্থোকখিবা অসি ষ্টেট আর্কাইবসগী তুংগী খোঙথাংদা য়েংলগা য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক ওইরগনি।

হৌখিবা চহী ২৫ অসিগী মনুংদা ষ্টেট আর্কাইবসনা অরীবা রেকোর্ডশিং, পুয়াশিং খোমজিনবগী অমদি লীশিনবগী থবক্তা খুমাঙ চাউশীনবা ঙম্লক্লে হায়না লৌনরিবা অসিনা লাক্লিবা চহী খরগী মনুংদা অৱাং নোংপোক্কী ওইবা রেজনেল সেন্টর অনীগী মনুংদা অমদি ইম্ফালদা লৈরক্লবা য়াই হায়বগী থাজবা পোক্লরিবনি। ৱাফম অসিমক ইং ১৯৯৯ ডিসেম্বর ১১ দা আর্কাইবস চয়োল ইম্ফালদা পাঙথোকপগী থৌরম অমদা য়ুথ এফেয়র্স এন্দ স্পোর্টস এন্দ কলচরগী য়ুনিয়ন মিনিষ্টর ওফ ষ্টেট, থৌনাউজম চাউবনা নেসনেল আর্কাইবজ ওফ ইণ্ডিয়া, গবর্ণমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়াগী ডাইরেক্টর জেনরেল ডাক্টর এস সরকারগী মমাঙদা ফোঙদোকখিবনি। সেন্টর অমনা

অরুনাচল প্রদেশ, অসাম মেঘালয়, সিক্কিমগী ওইনা গুৱাহাটিদা অমসুং অতোপ্পা সেন্টর অমনা মণিপুর, নাগালেন্দ, ত্রিপুরাগী ওইনা ইম্ফালদা মাপলশুবা চহী ৫ গী থৌরাং মনুংদা লুপা লাক্ষ চামা তরা চঙবা সেন্টরশিং অসি লিংখৎকনি হায়খিবনি। মসিগা লোয়ননা ষ্টেট গবর্ণমেন্টকি থৌদাংনা মপু ওইবা হেল্লিবা মখৈ সেন্টর অসি ইম্ফালগী মরায়বক ওইগনি।

অসিগুম্বা আর্কাইবস চয়োলগী থৌরমশিং অসিদা চিংখবা য়ারোইদবা ৱাফমশিংদি ষ্টেট আর্কাইবজগা খুৎশম্লনা চহি খুদিংগী পাঙথোকমিন্নরিবা লনাই লুপশিংগী থম্মোয় শেংনা হোৎনবা কয়া অসিনি। হন্দক সিলভর জুবিলিগী তানফম অসিদা য়াম্না মায় পাক্লা পাঙথোকপদা অচৌবা শরুক য়ামিন্নখিবা *নেসনেল রিছার্চ সেন্টর, মণিপুর* বু ষ্টেট আর্কাইবজনা অর্মদি অখণ্ড-অহৈশিংনা শীঙথানরকপা অসিনা য়ায়তোঙ-ফমদোঙবা অমসুং লৈঙাক্কী থাক্তদা নত্তনা খুনাইগী থাক্তসু অরীবা রেকোর্ড অমদি পুয়া থিবা লীশিনবা অসি নোংমা নোংমগী খুমাঙ চাওশীল্লক্লে হায়বা য়াই।

ঐখোয়গী হেরিটেজবু ঙাক-শেন্দুনা থম্নবগীদমক্তা ইণ্ডিয়ান কনষ্টিট্যুসনগী ডাইবেক্টিব প্রিন্সিপল ওফ ষ্টেট পোলিসি ফাওবনা ৱাশক্লিবনি মদুদি; ইপা ইপুশিংনা ইদুনা অমদি শাদুনা থম্বীরম্বা পুৱারিগী ওইবা অর্মদি আর্টিষ্টিক ওইবা হেরিটেজশিং অসি থৌশাদবদগী, মহৌশাগী ওইবা মাঙ তাকপদগী, মপান্দা থাদোকপদগী অমদি অচৌবা লাইনিং-নাৎনা পীরকপা ইথিন্দগী করিগুম্বা অমত্তা শোক্তনবা ঙাকশেন্দুনা থম্বীগদবনি অমসুং মসি ষ্টেট লৈঙাক্কী অমত্তা ঙায়রবা তৌফম থোকপা থৌদাংনি।

মালেমগী মীৎয়েংদসু করিগুম্বা ফুরুপ অমগী মরুওইবা মোনুমেন্ট, ঙমখৈ ঙাক্লিবা লেন্দমার্ক, খুনাইগী মশক তাক্লিবা হেরিটেজশিং অসিবু লূ-নান্না চেকশীন্না থমদুনা মতম চুপ্পগী ওইনা লীদুনা অমদি মাঙহন্দনা থমদুনা মীয়ামগীদমক অমসুং পুৱারীগীদমক মদুবু করিগী মরুওইরিবনো হায়বদু পাউজেল পীননবা খুনাইগী থাক্তা অমসুং লৈঙাক্কী থাক্তা থম্নরি। মরম অসিনা অরীবা পোৎলমশিং মাঙহন্দনা থম্নবগী ৱাফমগা লোয়ননা মাঙখ্রবা অমসুং মাঙখিগদৌরবা পোৎলমশিংগী মরী মখোঙ মুন্না খঙদোক্তুনা খোঙ্গুল লীবগী থবক তৌবা হায়বসি ঙসিগী লৈঙাক অমসুং খুনাইগী য়াম্না মরুওইবা থৌদাং ওইরিবনি। মতাঙ অসিদা হেরিটেজ কল্লিবা ম্যুজিয়ম অমসুং লাইরিক রেকোর্ড খোমজিল্লিবা লাইব্রেরিগী থবক হকথেঙননা তৌরিবা আর্কাইবজগী অচৌবা থৌদাং ওইরি। অসিগুম্বা মাঙ-তাকপগী চৈথেঙ ফংলক্লিবা খুনাই অসিবু লমজিং লমতাকপিনবা শক্তি লৈতবদগী ককঙাওননা লৈরক্লিবা খুনাইগী মীয়ামগা লোয়ননা আর্কাইবজ চয়োল চহী খুদিংগী লেপতনা পাঙথোকপা অসিনা কান্নবদি পীরি। ❑

# পুয়া মৈ থাবা

## ঙসি ফাওবা মৈমুৎত্রি

মণিপুর পুৰারীদা খ্বাইদগী অৱাবা থৌদোকশিংগী মনুঙদা পুয়া মৈ থাবগী থৌদোকসু অমনি। অতৈ থৌদোকশিংনা মখা তারকপগী চৈথেঙ থোইনা লৈখিদবা মতমদা, পুয়া চাকপগী মৈরীনা ঙসিফাও লেপ্তুনা চাক্তুনা মীতৈশিংগী থম্মোয়দা মৈচাক অসিগী চৈনা খাঙদুনা লাক্লিবনি। মীহৌরোলগা হেক শম্নবা ৱাখল্লোন কয়ানা তোঙান-তোঙানবা হীরমশিংদা মঙাল পীরম্বা ৱাংউলোন খিবিক তাঙ্গৈাই ওনখ্রি। ইপা ইপুগী মহৈকোননা ঐখোয়বু কায়ননবা হোৎনরি। ঙসি ফাওবা মৈরম পীদুনা মৈমাঙদা থেল্লি। পাবী পুরীনা তাঙ্গৈাই ওনপ্তবা তুংদা লংলা লংজিল পূল্লবা ৱাখল্লোন চবুন চবুন খুনাই অসিনা মায়োক্লনবা অমদি, পুমচাই চাইখায়রবা খুনাই অসিগী লম্মুক্লগনবা লম্বীশিংনা অনৌবা মীরোলবু লম্মাঙননবা পো লেপ্তুনা কাঙলি। মতমদুগী শক্তি লৈরবা লৈঙাক মপু নিংথেম পামহৈবগী কা হেনবা থৌওংদা মতমদুগী অখণ্ড-অহৈশিংনা থিংনবা হোৎনরম্মি, তুংদা ওইরক্কদবা কয়াগী মরীদা পাওতাক পীখি। অদুবু ঙসিগী মিংচৎ ফংলবা অখণ্ড-অহৈশিংনা করম্বা মায়ওন পীরিবগে অমদি মমা লৈবাক্কী অনৌবা মীরোলবু মতৌ করম্না লমজিংলিবগে হায়বদু ঙসি ফাওবা মৈরি থোক্লা চাক্লিবা পুয়া মৈ থাবা নীংশিং থৌরম্না হঙ্গৎনা য়েংহল্লি।

মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা কন্না হোৎনদুনা চহি খুদিংগী মীয়ামগী থৌরম ওইনা পাঙথোরকখিবা ফনা কুইরক্লে। লৈবাক্কী অফবা খুদম লাকপনি। হন্দকসু মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা ফুরুপকী নুপা নুপীশিং য়াওনা মীওই লীশিং কয়ানা থৌরম অসিদা শরুক য়াখিবদু মৈচাক্কী মৈরীনা কাথেকল্লুরবা মীয়ামগী থম্মোয়দা অঙ্গংবা ফাউরমগনি। মখুত্তা থাঙ, চুঙ্গোই পায়বা ফিমু শেৎপা লাল্লোয়শিংনা শগোল অমমম তোংদুনা নীংথিনা মীয়ামবু ঙাক-শেন্দুনা লাক্লগা ইম্ফালগী অকোয়বা লম্বীশিং ফাউনা কংলাদা চঙদুনা থৌরম পাঙথোকখিবদু মীয়াম্না পুৰারী ইবা হৌরে হায়বা তাকই। থৌরম অসিদা শরুক য়ারিবশিংদা নত্তনা মীয়াম্না মেডিয়াগী খুথাঙদা মথৌ তাবা ইনফোর্মেসন অমসুং ৱাহন্থোকশিং ফংবা ঙমহল্লখি।

নুমিৎ অসিমক্তদা নিংঙোমথোংজাও মনাক্তা লৈবা এমএস নিংঙোম্বগী য়ুমদা পুয়া মৈ থাবগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকখিবা থৌরমগা মরী লৈননা ৱা ঙাঙখিবা কেসি তেনশুবগী মোত্তা পুয়া মৈ থাখিবগী মতম অনী থোকপসি *(শক ১৭২৯ ৱাকচিং ২৩ নি পানবা/১৭৩২ মেরাগী ১৭ নি পানবা)* চুমথোকপা পাম্বগা লোয়ননা মৈনা শোকখিদবা পুয়াশিং থিদোকপগী খোঙজং চথুবা পাম্মি। য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্রগী মোত্তা, নুমিৎ ৩ নি চঙনা চাকখিবা য়ামথ্রবা পুয়া ময়াম মৈ থাখিবা অসিনা ঙসি ওইহল্লিবা অশোয়বা কয়া অসি

মেনখৎনবা হোৎনবদা অহোংবা পাম্মি। অরিবগা অনৌবগা চৎমিন্নবা পাম্মি। মতম মতমগী অহোংবগী ইথিলদা অনৌবা ৱাখল্লোনশিং চুমশীন্নবগী মথৌ তাবা মফম পীগদবনি হায়না দাবী তৌই। অয়েকপম তোম্বনা লোন অমসুং ময়েক্তা চাউখৎহন্দুনা অপূনবা খুনাই অসিগী লেমজনফম ওইবা শক্তমদু অমুক হন্না হনজিন্নিংঙি। এম নোরেন্না ঙসিগী চৎনবী-নাৎকী খোঙচৎকা ইপা ইপুগা শম্নদ্রিবসি হকচিন্না লৌবা পাম্মি। ঙসি মীতৈশিংগী মফমদা চৎনবী নামুংবা লৈরক্তবনা অমসুং ইয়াদা য়াবগী হৈনবীনা মরম ওইদুনা মশাগী আইদেন্টিটি লৈতবগুম উরিবসি কোক্লবা অচেৎপা জাতিগী খোঙথাং থাংবা পাম্মি। ওইবোতোম্বীনা পুয়াশিং খোমজিন্দুনা শিন্দোকপা নৎত্রগা, ফোঙদোকপনচিংবা লৈবাক্কী কান্নগদবা থবক তৌরকপদা অঙম্বা মতেং পাংনদুনা পুক্লিং থৌগৎপা পাম্মি।

অখণ্ড-অহৈশিংগী ৱাফম মতুংইন্না, শান্তদাসনা ধর্ম্ম শন্দোকপা অমা ওইনা লমদম অসি হিন্দুগী লৈবাক অমা ওম্থোক্লবগী মিৎয়েংদা চত্থখিবনি হায়বসিদি চুম্লগনি। অদুনা পুয়া মৈ থাখিবগী মরমদি শম্না পল্লবদা, মতমদুদা লৈরম্বা মীতৈগী অৱাংবা থাক্কী ৱাংউলোন খিবিক অসিদা য়ুম্ফম ওইবা পুয়াশিং লৈরম্বদগী মীতৈশিংবু নমথবা য়ারোই হায়বা খঙবদগীনি। পুয়া কয়া মাঙ-তাকহনখ্রবসু, খুভম কয়া থুগায়খ্রবসু ধর্মদা চেমপিয়োন্নি হায়রিবা হিন্দু লাইনিংনা ঙসি ফাওবা মীতৈগী ইমুং চঙবা ঙম্বদি লায়রদুনা মীতৈগী মাঙ্গোল ফাওবা কাখৎপা ঙমদনা লৈরিবা অসিনি। চীন্দা লম্বোইরগা নুংদা নত্তবা লীচৎ চৎপা হিন্দু লম্বোইবনা চত্থখিবা পামদবা থৌদোকশিং অদুগী মরম্নি। মীতৈশিংগী থমোয়না পুয়া চাকখিবগী খাঙঙমদবা চৈনা চৈথেং অদু খুজাইরোক্কী মপাও তারগা ঈংথনবা হোৎনদুনা লাকখিবনি। পুয়া মৈ থাবদা চাকউ য়াদবদগী হুমাই হুমলুবদা মায়কৈ কয়াদা পাইখি হায়রিবা অথুপ্পা ৱাফম অসিনা মীতৈগী থমোয় ফাদুনা লাকখিবনি। মমল য়াম্লবা পুয়াশিং অদু মাঙদনা লৈরি হায়না মীরোল মীরোল খুদিংনা চীনথাং য়েনা পাউদম্নরকপা লৈরি। *"নোংশা ও! থোরক্লো, হাউগী হিংগোল মতোম্দা, লশিং পোলাং ফৌহৌবনি, শা-ঙানা শোক্লিঙৈ লৌশিলহৌ।"*

অদুবু ঐখোয়না কাউরোইদবদি, পুয়া মৈ থাখিবা অদুবু শৌগৎপা ঈরৈচাশিং লৈরম্মি হায়বসি মরুওইবা ৱাফমনি। ঙসি মখোয় লৈত্রবরা ? তশেংনমক, ঐখোয় মীতৈগী মীহৌরোল লৈত্রগা লোইরে হায়না খনবা মীওইশিং মতমদুদা লৈরম্মি, ঙসিসু মখোয় লৈরি। মতাং অসিদনি, পুয়া মৈ থাবগী হীরম অসি মপুংফানা নৈনবা অমা চঙলি হায়নরিবা। ঙসিগী হিন্দু চৎপশিংনা মখোয়গী ইপা ইপুনা চৎলম্বা ধর্মদু করম্না থাদোক্কদগে হায়রি। মীতৈশিংগী মফমদদি হিন্দু লাইনিংনা তাংকক মচা অমগী পুৱারীনি হায়বসি মখোয়না খঙজদে। শান্তদাসনা হিন্দু লাইনিং পীবিরমদ্রবদি হান্নগুম্না করিসু খঙদনা ইৱাউ-ৱাউদুনা লৈরমগনি হায়বা য়াওই।

মসিবু চুন্নবোই নীংহল্লি। গরিবনিৱাজ লৈরমদ্রবদি কলচর লৈরমলোই, চাউখৎপগী থাক (সিবিলাইজেসন) লৈরমলোই। কলচর হায়বসিবু পামহৈবা ম্নাহাক্তক মমাঙগী লোইনা হুন্দোকশ্রগা লেমহৌবা অদুখক্তং কলচরনি হায়বা য়াগদ্রা? ঙসিদগী চহি ২৭০ মুক্তা ঙায়রি। মসিগী মমাঙদা লৈবাকসিগী নিংথৌ পাল্লমদৱা? পুৱারীগী য়ামদ্রবদা চহি ২০০০ মুক অসিগী মনুঙদা অঙনবা মতমগী চহি ১৭০০ মুক অসিনা কলচর য়াউদবা পুৱারী ওইহল্লগা পামহৈবা নিংথৌদগী চথরকপা চহি ২৭০ মুক অসিনা কলচরগী তাংককনি হায়বা ৱাফমসিবু ওইথোকপা য়াগদ্রা? অসুম্না এম এস নিংঙোম্বনা মতাং অসিদা নৈনখিবদু পনবা য়াই। মতমসিগী অইবশিংনা গরিবনিৱাজ হায়বসি মাগী জাতিগী লাইরিকশিং মৈ থাদোক্লগা মজাতিবু চাউখৎহনবা পাম্না নিংথৌ অমা ওইনা উহল্লবা হোৎনৈ। আরকে ঝলজিৎকী *'এ শোর্ট হিষ্টরি ওফ মণিপুর'* দা নিংথৌ অসিনা অমনবা লাইরিকশিং মৈ থাবগী চংনবী লৈ হায়দুনা পুয়া মৈ থাববু শৌগৎলি।

পামহৈবা নিংথৌদা হৎনীংঙি পুয়া মৈ থাখিবদু অশানবা মিৎয়েংদা য়াম্না খঙনা চথখিবরা? নংত্রেগা মচিং মশোল লৈবদগীরা? মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী চেফোঙ অমদা মপানগী অইবা অমনসু হংখিঃ *"শান্তদাস অশেঙবা লম্বোইবরা? নিংথৌ অসিবু লান্না লমজিংবিখিবরা?"* মতাঙসিদা নিংথৌবু ইনশিনবা অমা য়াউনা মৈ থাহনখিবনি হায়বসিনা চুমগদবা মাল্লি। নিংথৌ মশানা মৈ থাগে হায়না থাখিবা নত্তে হায়বসিনা চুমগদবা মাল্লি। মালেমগী পুৱারীদা অকনবশিংগী মথিল অশোনবশিংদা পীনবা হোৎনৈ। থৌনা লৌশিংগী শক্তিদা পামহৈবনা অশোনবা হায়বদু তারুবগী ৱাফমনি। অদুননি, পামহৈবনা শাঙথোকখিবা কৈ হায়না লৌবা কলচরগী তৌজমলশিং মশানা কংফম থোক্তে, শান্তদাসনা কংফম থোকই হায়রিবা। অশেংনমক, শান্তদাসকী মফমদদি পুয়া মৈ থাবসি মায়পাকপা অমনি, মহাক্কী অচুম্বা মথৌনি। মরমদি, মহাক্কা লাইনিং নাংকী জয় তৌবা লাকখিবনি।

অদুবু ঙসিদি শান্তদাস অমা শিগ্রবসু অনৌবা শান্তদাস কয়া লৈরি। মখোয়না থাবা মৈ লেপ্তুনা চাক্লি। হন্দক মীতৈ ময়েক তমহল্লবগী অকনবা ঈথৌ মনুংদা স্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরিবু মৈ থাখীবা থৌওং অদুবু অনৌবা শান্তিদাসকী থৌওংনি হায়না চৈনরি। হান্নগুম্না ৱাহংদি লৈ, মদুনা য়োকখৎপিনৱা নংত্রেগা, মাঙহন্নৱা? মসিগী মহয় ওইনা ঙসিদি লৈবাক অসি তংদু-লৈতাদ্রে, ঈ মশেল মরক্তা লৈই চিংলে। হৌজিকসু পুয়াগী মৈ অসি থাখিদৌরি। মৈ চুবগী উপাধি ফংলি, কান্নরি। অহল ওইরবা, মপাঙ্গল শোল্লবা হনুবী হনুবনা অদুক হিংজনবা পান থাবা মতমদা খরা হেন্না লৌশিং শিংবা কাঙলুপ অমনা য়োংগী তাৎ তৌদুনা লাক্লি। থৌওং অসিগা শান্তদাসনা পুয়া মৈ থাবগা করিবু খেৎনরিবগে ? পুনশিন্নবগী পাঙ্গল হনথরক্লবা মতমদা অশিংবা কাঙবুনা লমদমসিদা লাক্লগা খুদোংচাবা লৌরিব্রা হায়বসিনি ঙসিগী নৈনগদবা ৱাফম।

ঙসি থৌরম পাঙথোক্লরিবা অসিমক পুয়া মৈ থাখিবগী হৱাউবা উৎপা নত্তে, অৱাবা উৎপা থৌরমনি। মপালগী মীনা মণিপুরী সিবিলাইজেসন থিরকপা মতমদা ইপা ইপুগী ৱারী থিরক্কনি,

হান্নগী অরীবা লাইরিক পুয়াশিং থিরক্কনি। চাউখৎপগী থাক য়েংখৎপা হায়বসি হান্নগী লাইরিক থিবা তাবনি। মীতৈশিংনা করম্না চাউখৎলকখিবগে, করম্না নিংথৌশিংনা করি লাইনিং নাৎ চখরম্বগে হায়বসি পুয়া পারগা খঙগদবনি। ঙসি ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরিবা শান্তদাসশিংনা লেপ্লা লৈতনা ইমালোন মাংথোক্লি, পুয়া মাঙহল্লি, ঐখোয়গী অশেঙবা আইদেন্টিটি মাঙহল্লি, উত্তাংবিগী পুন্সিরোল শেমগৎলি। ঐখোয় ইশানসু শেমজবা মপানথোংদা ইয়াদ-য়াবা নামুংবা হায়বা লৈত্রবা মীতৈ পুন্সিরোলদা ৱাফম অসিবু থোইনা হকচিন্না লৌনরুদ্রবসু, মশাগী শক্তম ঙাক্লা জাতিগী অচুম্বা তুংলমচৎ অমা য়েংনা চৎলিবা আশা মাঙদ্রিবা মালেমগী অহিংবা ফুরুপশিংগী মফমদদি হীরম অসি খুনায়গী য়াওলনা খুৎপায় চেৎনা শুপ্লায় পায়শিল্লগদবা অনৌবা চহিচাগী ৱায়েল ক্যাটিগী মশক ওইরবা খুদোলনি। ❑

## মতমগী ঈচেলদা

# মেরা হৌচোংবা

কলচরগী মশক অমসুং মপাঙ্গল য়েংশি হায়রবদি লমদমসিগী মেরা থাগী নাৎকী কুম্মৈশিং মরুওইনা, মেরা হৌচোংবদা মীৎয়েং থম্লগা য়েংহৌবা য়ারগনি। মেরা থা অসিদা লৈখ্রিবা নাৎকী কুম্মৈশিং ফনা য়ামিম। ***মেরা মেন তোংবা, মেরা চাউরেল হৌবা, ক্বাক তানবা, উকায় কাপ্পা, মেরা হৌচোংবা,*** অসিনচিংবনি। ্যরিবা কুম্মৈশিং অসি অমগা অমগা মরী মরী শম্নবা ওইবনা থোইদোক হেন্দোক্লা ঙাক বায়েল অমদি খুনাইগী ওইবা ৱাফমদা য়াম্না কান্নরি। খুনাইগী ওইবা মীৎয়েংদা মৈর হৌচোংবা অসিমক ফুরুপ অমত্তংগী কুম্মৈ নত্তে। লমদম (কংলৈপাক) অসিদা থায়নদগী হে লৈরক্লিবা ফুরুপ পুম্নমক্কীনি। তা খৌশারোলদা **মরাম অচৌবা-মচা-নুংশেৎপা-কবুই খে না, পু লংবা, সুক লংবা, লমজেল,** মুক্লানচিংবা মশান্না কয়ানা চীংমী তম্মী ফুরুপ পুম্নমকপু কোনশিল্লি। চীংগী মঙাইশিং তম্মী মঙাইশিং উন্নদুনা পোৎ লান্নে। চীংগী পোখোক ওইবা হৈ-রা, পান, মাইরেন, খোংদ্রুম লান্নদুনা চামীন-থকমীন্নে। তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী জগোই ঈশৈ পাঙথোক্লুনা নুংশি চান্না হিংমিন্নবগী পাউজেল পথদুনা লাক্লি। লমদমসিগী পুৱারীদা ঐখোয় চীংমী তম্মীগী লৈরক্লিবা য়াম্না শাংলবা অমসুং অমত্তা ওইবগী, পা-পু তিন্নবগী, ঈ মরীগী ঈচিল-ঈনাও ওইবগী অমদি নুংশিচান্না লোন্দিন্ননা হিংমিন্নরকপগী কাউঙমদ্রবা ৱারীশিংবুল অদু লীরি।

লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা লৈরক্লিবা ফুরুপশিং অসিগী মরক্তা লাইনিং লীচৎ (ধর্ম) তিন্নদবা ওইরবসু খেৎনবগী মীৎয়েং থম্না তৌদনা, খোয়খা লিনখা থাবগী ৱাখল

মাঙহন্দুনা থাক মান্নবা কংলৈ খুনাই অমা লিংখৎহন্নবগী ৱাখল মীৎয়েংদা মেরা মেন তোংবা, শম্না হৌচোংবগী থৌরম অসি পাঙথোক্তুনা লাকখিবনি। অসিগুম্বা কলচরেল ইন্টিগ্রেসন, সেক্যুলরিজম, ইমোসনেল ইন্টিগ্রিটিগী পাউজেল পুদুনা মরা চেৎপা অপুনবগী শক্তম শাগৎ শাগৎত্তুনা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবা হাক্তক্তগী চখ্যরক্লিবা অসিগী অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন অসিমক্লা মরা চেৎনা নেসন বিল্ডিং প্রোসেস তৌরকখিবনি। মতমদুদা মীতোপ মীরানগী ঈথিল কয়া লৈদুনসু ইরায় লায়না ঐখোয়বু হুমদুনা পুবা ঙমখিদবনি। ১৮/১৯ শুবা চহীচাদা সংস্কৃটাইজেসন্না অরোইবা পনখৈ য়ৌনা ৱাংলন্নবসু লমদমসিগী ৱাখল্লোনবু মায়থিবা পীবগী থবক ওইনা মরায় চায়থহন্দুনা কংলৈ/মৈত্রবাক্কী অপুনবা লীপুনগী লংজা থদৎনবগীদমক মীতোপ মীরানগী ঈচেলদা মশানা য়ানা চেন্থবা তৌরকখিদবনি। মরম অদুননি, অদুঙৈ লৈবাক খুন্নাই অসিনা মান্নবা থাক্তা নুংশি চান্ননা পূন্না হিংমিন্নরম্বা অদুমক অসিগুম্বা কলচরগী মশা উইরবা লীপুন্না পুল্লম্বদগীনি হায়রিবা। মরম অদুননি, অদুঙৈ কলচরগী লীপুন অসিমক্লা জাতি শেমগৎ শাগৎপগী পোলিটিকেল পরপজ অমদা নেসনেল ওবজেক্টিব ওইনা মায়পাক্লা পুথরুম্মী হায়বদো। অদুবু ঙসিদি মদু নৎত্রে। হৌখিবা মীরোল খরা হান্নগী ঈচেলগা শম্নরুদ্রে। সংস্কৃটাইজেসনগী অরোইবা অকনবা ঈচেলগা য়ুমথংনবা ষ্টেটকী মণিপুরি এন্টাগোনিজম ঈচেলগা অনি শম্নরুরে। ঈরুজনিংবগা থোঙ্গা তেকপগা তাল চান্নরুরে। অদুবু ইং ১৯৮৫-৮৬ দা মেরা হাওজোংবা হায়না পাঙথোকপ্রবা মতুংদা হৌখিবা ইং ১৯৯৫ দা অমুক হন্না স্না কোনুংনা থৌরম অসি পাঙথোকপা হৌখিবদগী ঙসিদি অহোংবা কয়াগা লোয়ননা অমুক নৌহৌননা হিংগৎলক্লি। অহোংবদুগী অফবা মহয়সু উবা ফংলি অদুগা হোংমনবদগী মৈরৌ হেন্দুনা কাথী নম্বসু য়াওরি।

মেরা থাদা পাঙথোক্লিবা নাৎকী থৌরমশিং অসিগী অপুনবদা শুপ্পা মেরা হৌচোংবা হায়না খঙনরিবা অসিমক অহোংবগী শরুক অমনি। মমাঙঙৈদদি মেরাগী ১০ নি পানবদা মেরা হাওজোংবা পাঙথোক্লম্মী অমসুং নুমিৎ অদুদা উকায় কাপ্পা, ক্বাক তানবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মি হায়না অখঙ অহৈ খরনদি হায়রি। নোংদা লাইরেন পাখঙবা হাক্তক্তগী মহারাজ বোধচন্দ্র হাক্তক ফাওবা ১০ নি পানবদা পাঙথোক্লম্মি হায়রি। মসি ***'থারোন পুম্না'*** দা উবদি ফংলি। অদুবু হৌজিক্তি মেরাগী থানিন্দা পাঙথোক্লরে। থৌরমগী মিংসু 'হৌচোংবা' হায়না খঙনরি।

মেরা মেন তোংবা, হৌচোংবগী থৌরম অসিদা চীংমীশিংনা অথেনপোৎ পুরক্লিবা অসিমক লম্বাল (টেক্স), লোয়পোৎ কারক্লিবনি হায়না কনাগুম্বা অইবশিং অমদি অশীন-অরাংশিংনা হায়বা অমদি ইবা থেংনৈ। মসিনা চীংমীশিংগী পুক্লিং ৱাখলদা মরুপ মপাং ওইনা পোৎলান্নবগী হৈনিংবা অদু মাঙহল্লি, মীখা পোল্লুবগী তশেংনা লোইপোৎ কাবগী থবক তৌরম্বরা হায়বগী ৱাহং লাকখি। মরম অসিনা,

"সিদি মশানা মখোঙ থোংনা লাক্কুনা পোৎলানবগী থবকসি কয়া তৌনিংলক্তরে। হৌজিক্কি লুরবা ফীভম অসিদদি মসিগুম্বা কান্নদবা অমদি ডিপ্লোমেটিক ওইদবা কনাগুম্বা মীতৈ হেজিমনিগী ৱাঙাং শাজৎ অসি তৌবিরোইদবনি।

হৌজিক্কী মতমগী হৌচোংবনা উৎকদৌরিবা শক্লোন অসি হৌচোংববু হরাউ কুম্মৈ ওম্থোকপগী, হৌচোংবগী থৌরমশিং চাংদম্নবগী, লন্নাই লূপশিং অমদি মিনিষ্টরনা পঙতৌ তৌবা য়াই হায়বগী, শক্লোনশিংদি মরাং কায়না উরগনি। মসিগী মরক্তা চীংমীশিংদি কনাদা, করম্বদা য়াউগনি হায়বগী ককঙাওনবা শক্লোনসু উরগনি। তৌবদবু, জাতিগী ওবজেক্টিব ওইবা পান্দম তান্না মায়পাক্না পুথসি হায়রবদি মশাগী লীক্লম কায়হন্দবা তাই অমসুং থৌরম অসি পঙশোক শোকহৈদবা অথুপ্পনা থল্লবা পুৱারীগী তাঙ্কক তাঙ্কক্কী মমল নাইদ্রবা লীক্লুশিংগী লীক্লাং পরেংনি, জাতিগী লীকফাংনি হায়বসিদি পুম্নমক্না কাউবীরোইদবনি। ❑

# মণিপুরি ওর্থোগ্রাফী

## মণিপুর য়ুনিভর্সিতিদা পাঙথোকখিবা ৱার্কশোপ

মতম কুইনা শিথরুরবা মীতৈ ময়েকপু থৱায় হাপ্পুনা হিংগৎহনখিবা অসিদগী ইমালোনগী থোইদোক হেন্দোকপা পাঙ্গল হাপ্লদৌরি। মথংগী একাডমিক সেসনদগী হৌনা ক্লাস ৱান-টুদা তম্বীবা হৌনবা থৌরাং তৌনখিবদগী পাঙ্গল হাপ্লবা ময়েক অসিগী মরীদা মরী লৈনবা মীওইশিং, অৱাংবা থাক্কী মহৈকোলগী ডিপার্টমেন্টশিংনা অফ-ফত্ত খিবিক নৌহৌননা য়েংশিনবা হৌনরক্লি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ভিসি প্রোফেসার এন বিজয়গী লমজিং মখাদা লিংগ্বিষ্টিক ডিপার্টমেন্টনা শীন্দুনা চয়োল অনীগী ওইবা মণিপুরী ওর্থোগ্রাফিগী ৱার্কশোপ অমা হৌখিবা জুলাই ১ দগী হৌনা চথবা হৌখ্রে।

পনবা য়াবদি, মীতৈ ময়েক্কী এক্সপার্ট কম্মিটিদা য়াউখিবা অদুঙৈগী এক্সপার্টশিং অমসুং মীতৈ/মৈতৈ ময়েক্কী মরীদা থিজিল্লিবা অতোপ্পা মীওইশিং অমসুং অখঙ অহৈশিংনা ৱার্কশোপ অসিদা নুমিৎ খুদিংগী শরুক য়ারি অমদি, তোঙান তোঙানবা মোত কয়া ফোঙদোক্লরি। খেৎনবা মোত কয়া ফোঙদোক্লরবসু একাডমিক ডিস্কসন ওইনা মখা তানা চথদুনা ৱার্কশোপ অসিগী অরোয়বা নুমিত্তা পাঙথোক্কদবা সেমিনারগী রিক্কমেণ্ডেসন অদুগী শরুক অমা ওইহন্নবা হোৎনরি। ৱার্কশোপ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মীতৈ ময়েক অসি হেন্না চূশীলহন্নবা অমসুং য়েৎননীংঙাই লৈত্রবা অখন্নবা থাক অমদা ইনখত্তুনা

থন্নবা অমদি মীতৈ ময়েক ইবগী নোম্না অসিগী মনুংদা মীতোপ ৱাহৈ (লোন ৱার্দ) শিং অসি মতৌ করম্না চুম্না লৈহনগদগে হায়বসি খঙবা ঙম্নবা হোৎনবনি। নৈনগদবা হীরমশিং অদুদি **মীতৈ সাউন্দ সিষ্টেম অমসুং মীতৈ ময়েক, বেঙ্গলি ময়েক্কা লোয়ননা মীতৈগী ইবগী সিষ্টেম, মীতৈ ময়েক অমসুং মীতোপ ৱাহৈশিং, মীতৈরোল ইনবগীদমক্তা রোমান ময়েক, অতৈ অতোপ্পা ময়েকশিংদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মীতৈ ময়েক্লা ফংবা য়ারিবা খুদোংচাবশিং, ইবগী সিষ্টেম অসিগী মরুওইবা মচাক অমদি মগুণ ওইনা লৈরিবা মতৌ মওং অমসুং বানান চুম্না ইবদা করিগী প্রোব্লেম লৈগদগে** হায়বা টোপিকশিং অসিনি।

হৌজিক মণিপুরী লোনবু চুম্না বানান তৌদুনা অমদি খোম্থোক খোনহায় নিয়ম ঙাক্লা শীজিন্নবা তৌদনা লৈরিবা নীংতম্মনবদগী মতৌ অসি মণিপুরী লোনগী অফবা খুদমদি নত্তে। লোন অসিগী হেক সাগোন্নরকপা ৱাহৈশিং ঙসিসু অকক্নবা নিয়ম অমা ঙাক্লা শীজিন্নবা ঙমদ্রি। মসিদা নত্তনা অরি-অনৌ য়ানশিন্নদুনা অমসুং নৌথোকহনদুনা শীজিন্নরিবা মণিপুরী ৱাহৈশিংগী মশক নীংখা তম্বা হেনমনবদগী চয়েৎ খোয়েৎনবগী মওংদা লাক্লি। মসিদা নত্তনা মীতোপ ৱাহৈশিং অসি লৌশিন্দুনা শীজিন্নবা মতমদা অকক্নবা নিয়ম অমা ঙাক্লা শীজিন্নবা ঙমদ্রিবা অমদি **লেক্সিকোগ্রাফি** পুথোকপা ঙমদ্রিবা মরম্না লোন ৱার্দশিং অসি শীজিন্নবদা চমম্নবগী শক্লোন পুরি। অসিগুম্বা অশোয়বা নৎত্রগা অৱাৎপশিং অসি চুমথোকপা/মেনশিনবগী মথৌ তাবা লৈ হায়বসি অয়াম্বনা খন্নরবসু অপাননা শীল্লাংবা ঙমলক্তবনা অমদি অখণ্ড অহৈশিংগী মরক্তা হোদোক্লদুনা ফিরেপ লৌবা ঙম্বগী তাঞ্জা অদু ইফং ফংদনা লাকখিবদু হৌজিক চত্থরিবা ৱার্কশোপ অসিনা থোঙ থীন্দুনা ৱাখৈ অমা পীনবা চঙশিল্লকপা য়ানা লৈরে।

অদুবু মীতৈ ময়েক তম্নবা গবর্ণমেন্টনা ফিরেপ লৌখ্রবা মতুংদা তৌরকপা ৱার্কশোপ ওইবনা ঙসিদি থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাহম্থোক লৈহল্লি, শাফু লৈহল্লি হায়বা তাই। মসিগী মরম্না, বানান অমসুং খোম্থোক্তা ঈরোল ঈয়েক্কী য়ুম্ফমদা তৌরকপা তারকপা অসিনি। ঙসিমক বেঙ্গোলি ময়েক্লা ইবা ৱাহৈশিংদা থেংনরিবা বানান অমসুং খোম্থোক্কী খুদোংচাদবা কয়া অসি মীতৈগী রাইটিং সিষ্টেমদা পুথদুনা ষ্টেনর্ডাডাইজ তৌগনি হায়বা অসিনি। খুদম ওইনা, হিজম গুণ গুণ লৈবা মীশক্লি হায়বসিদা বেঙ্গলি রাইটিং সিষ্টেম অমসুং মীতৈ রাইটিং সিষ্টেম অনীমক পূনশীন্না ৱাহৈ পরেং অসিগী মনুংদা লৈমিন্নরি। মসিবু চুমথোকপা তারবদি লোন ৱার্ড ওইজরবসু লোকেল স্ক্রিপ্তা অমসুং নেটিব সাউন্দা য়ুম্ফম ওইরকপা তাবনি। অদুগা লোনৱার্ডশিং অসি ইবা অমসুং ঙাঙবা মতমদা হেন্না খুদোংচাবা ফংবদি লোকেল স্পিকরশিংগী খোম্থোক্তা য়ুম্ফম ওইবা অসিনি। অদুগা খ্বাইদগী চাওবা ওথোরিটিসু লোকেল স্পিকরগী সিষ্টেম অসিনা ওইগদবনি

হায়বসি মালেমগী অখণ্ড অহৈশিংগী মোতনি। **খ্বাইদগী ৱাংবা চাংদা লায়থোকহন্দুনা** হায়র ষ্টডিশিংদা তমগদবা বানান অমসুং খোষ্ঠোক অদুমক প্রাইমারী ষ্টেজদগী হৌনা অঙাঙশিংদা মোটিভেড তৌহৌগদবনি হায়বসিনি। টেক্সচুয়েল এনালায়সিস তৌবা মতমদসু, মীতৈ রাইটিং সিষ্টেমগী অরীবা পুয়াশিং অসি য়েংবদা সাউন্দ সিষ্টেম অসি অসুক্কী মতীক চন্না অমসুং লায়থোক্লা ইদুনা অপাবশিংদা লায়না মোটিভেড তৌবা ঙমহল্লি। মরম অদুনা **নোবোদি কান্ট স্পিক ইনকরেক্লি ইন মাডর লেংগ্বেজ** হায়বা পাউরৌ অসিনা য়ুম্ফম অসিবু মরা চেৎশিলহল্লি। মতৌ অসুন্না রোমান স্ক্রিপনা ইবা মতমদা লোন ৱার্ডশিংবু নেটিব সাউণ্ডা য়ুম্ফম ওইহন্দ্রবদি খুদোংচাদবা কয়া থোরক্কনি হায়বসিনি।

তৌবগীদি, ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা অয়াবা পীদুনা স্কুল অঙাঙশিংদা তম্নবা হৌগদৌরিবা মীতৈ ময়েক অসিনা চুন্না খোষ্ঠোক পীবা ঙমদবা মতাং লৈরবদি মদুসু মতাং চানা মতম লৈরিঙৈদা হাপতোক হাপচিন তৌহৌবা চুমগদরা হায়না ৱার্কশোপ অসিদা শরুক য়ারিবা অখণ্ড অহৈশিংনা খোঞ্জেল থোক্লা ঙাঙনরি। খুদম ওইনা, মীতৈ ময়েক ২৭ কী ভাৱেল ফোনিমশিংনা লোন ৱার্ডশিংদা নত্তনা অপূনবা মণিপুরী ফোনোলোজীদা মপুঙ ফানা খোষ্ঠোক পীবা ঙমদ্রিবা খুদোংচাদবা খরদি অদুম্মক থেংনরি। মরুওইনা টোনগী অরুম অয়াঙগী মতাংদা থেংনরি (তৌবগীদি **লুম ঈয়েক** শীজিন্নরি) । মসিগা লোয়ননা চৈতপ/চৈনপ হায়বা টার্মিনোলোজী অসি য়ুনিফোর্ম ওইবা মিংথোল অমা পীবা পান্নরি। অসিনচিংবা অৱাৎপা লৈবা খিবিক একাদমিক ডিস্কসন ওইনা নৈনদুনা মতাং চানা মেনথোক মেনশিন তৌহৌনবগী খুদোংচাবদু ৱার্কশোপ অসিনা পীরে।

মণিপুরি লোনগী এক্ট অদু এমেন্দ তৌবগী মথৌ তাবা অমসুং মীতৈ ময়েকপু য়ুনিকোড শেমদুনা নেসনেল অমসুং মালেমগী ময়েক্কী নেটৱার্ক মনুং চনশিন্নবা হোৎনবগী মথৌ তাবা লৈরি। নীংশিংনিঙাই ওইবদি, মীতৈ ময়েক হিংদুনা লৈরকখিবগী পুৱারীগী তাঙ্কক অমত্তদা রাইটিং সিষ্টেম অসি ষ্টেন্দার্দাইজ তৌনবগী খোঙথাং অমত্তা পায়খৎখিবা লৈত্রি। তশেংনমক মণিপুরি স্পেল্লিং সিষ্টেমবু ষ্টেন্দার্দ ওইহনবসি তঙায়ফদ্রবনি অমসুং মীতৈ ময়েক্তা লোয়ননা ইমিন্নবসি তৌদফদ্রবনি। মণিপুরগী তুংলমচৎকী অরংবা মফম থিরিবা এডুকেসনগী নোংদোল অতিয়াদা অমঙবা লৈচীল থাংলিবা মণিপুরি বানান অমসুং খোষ্ঠোক খোলহায়গী চমন্নরবা লম্বী অসিদা ৱার্কশোপ অসিনা মঙাল পীবা হৌদ্রে। ❑

# টিপাইমুখ ডাম প্রোজেক্ট

## মীয়াম অমসুং গভর্নমেন্ট

ইপা ইপুশিংগী ৱাহম্বোক্তা ঈশিংনা পুন্সি ওইরম্বদু ঙসিদি কান্নহৌদবা য়াদে হায়বা মওংগী কোলোনিয়েল ওইবা ৱাটর মেনেজমেন্টকী ৱাহম্বোক্তা চৎপগী থৌওং উরি। মালেমগী ওইনদি, ইং ১৮৯০ দগী হৌনা ঈশিং ঈমায়বু য়োকখৎনবা, মরুওইনা তুরেলগী ঈশিংবু শীজিন্নবা মালেমগী অকনবা দাবী তৌনরকই। ইরিগেসন, মৈ, ৱাটর ট্রান্সপোর্ট, ৱাটর পার্কনচিংবা ওইনা শীজিন্নরকই। চহি খুদিংগী মালেমগী মফমশিংদা অচৌবা ডাম ১৬০ দগী ৩২০ ফাউবা শাই হায়না পানৈ। ইং ২০০২ দা চথখিবা *ৱার্ল্ড কম্মিসন ওন ডাম* রিপোর্ট মতূংইন্না মালেমগী লৈবাক ১৪০ দা অচৌবা ডাম ৪৫,০০০ লৈস্রে। চিনাখক্তংদা ২২,০০০; য়ুএস ৬৩৯০; ইণ্ডিয়া ৪২৯১; জাপান ১২০০; স্পেন্দা ১০০০ লৈরি। অদুবু ইং ১৮৯০ দগী ডামগী ঈহৌ লাকখ্রবসু হৌজিক্কি মতমদদি অচৌবা ডাম শাদুনা তুরেলগী ঈশিং শীজিন্নবা হায়বসি থৱায় পানবশিংদা অমসুং ইনভাইরনমেন্টকী ৱাফম কয়াদা অচৌবা প্রোব্লেম ওইহল্লরে।

ইণ্ডিয়ানা হায়দ্রো পৱার ফংনবা পান্দম তৌরিবসি মেগাৱাট ৮৪,০০৪ নি। মসিগী মনুংদা অৱাং নোংপোক্কী হীমালয় নাপোমদা লৈবা ষ্টেটশিং খক্তনা মেগা ৩২০০০ পুথোক্কি। মসিগী মথক্তা মেগাৱাট ৩৩,০০০ নৌনা পুথোকহন্দুনা মেগাৱাট ৬৫,০০০ ফংনবা হোৎনরি। অরুনাচলগী সিয়াং, সুবানশ্রী, রঙ্গনদিদা অচৌবা ডাম শাদুনা মেগাৱাট ২৬,৭৪৭ পুথোক্কদৌরি। মণিপুরগী টিপাইমুখনা মেগাৱাট ১৫০০ পুথোক্তুনা ইণ্ডিয়াগী অপূনবা মৈগী পোথোক্কী চাদা ৮০ হেন্না অৱাং নোংপোক্কী তোরৈ কল্লবা তুরেলশিংনা মৈ পুথোকহনগদৌরি। মণিপুর মিজোরাম ঙমখৈদা টুইভাই তুরেলনা বরাক তুরেলদা ঈতিল্লবা মতূংগী মিটর ৫০০ মুক পূন্না চেন্থমিন্নরবা মতূংদা তোরৈ কল্লবা তুরেল অসিগী মথক্তা মিটর ১৬২.৮০ ৱাংনা অমসুং মিটর ৩৯০ শাংনা শাগদবা টিপাইমুখ ডাম প্রোজেক্টনি। মসিনা মেগাৱাট ১৫০০ পুথোকপদা নত্তনা অসামগী লৈহাউ চেল্লবা কাছার ডিষ্ট্রিক্তা ঈশিং ঈচাউনা মাঙহন তাকহনবদগী কনবা ঙমগনি হায়রি। ইং ১৯৯৫ জুলাইদা লৈখিবা পোৎকী মমলদা এষ্টিমেটেদ কোষ্ট ওইনা লুপা ক্রোর ২৮৯৯ দা ব্রহ্মপুত্র বোর্ডনা লেপ্লগা শাখিবনি। ডামনা শোকহল্লবা ষ্টেটশিং হায়বদি মণিপুর মিজোরাম অমসুং অসামদা চাদা ১২ মৈ লেম্না পীবগা লোয়নননা য়ুনিট অমা লৈবদা পৈশা ১৩৩ লেপখিবনি। চাদা ১২ অসি মণিপুরখক্তংনা ফংগদবা নত্তবরা, ষ্টেট অহুম য়েন্নবগী ৱাফম ওইনা তৌরিব্রা হায়বগী চয়েৎনরি।

লুরিবদি, ডাম প্রোজেক্টনা পীরক্কদবা ইনভাইরনমেন্টকী অমাঙ-অতা অমসুং লৈফম লৈত্রবা থৱায় পানবশিংগী ৱাফম অসিনি। প্রোজেক্ট অসিনা শোকহনগদৌরিবা

অমসুং ঈশিংগী ঈরোম্নুংদা লুপহনগদৌরিবসি উমংগী লমদমশিং, শা-উচেক্কী মখল কয়াগী থৱায় পানবা অমসুং পান্দবশিংনি। অচৎ-চত্ত থৱায় পানবশিং য়াউনা মখল মথেল কয়াগী মহৌশা লাইব্রেরীগী খুদোলশিং (বাইও ডাইভর্সিটি) লৈমায় অসিদগী অমুক হন্না উররোইদবা মওংদা মুৎখিগদৌরিবনি। মালেমগী বাইও ডাইবর্সিটি হোটস্পোট ১৮ লৈবগী মনুঙদা ইণ্ডিয়াদা অনী লৈ হায়রিবসিগী অমদি মণিপুর ওইরিবনি। উমং ৱামং, পাখী-কোমথী, মতম খুদিংদা শংদুনদা লৈবা উমংগী মখলশিং, সব-ট্রোপিকেল লমদমগী মনা পাকপা উপালশিং অমসুং মীৎয়েংগী ৱাংমদা তাম্না শন্দোকখিবা ৱাগী ৱামঙশিংগী মনুংদা হিংলিবা মখোম থকপা জীবশিংগী মখলনা য়ামদ্রবদা ১০০ অমসুং উচেক মখলদা য়ামদ্রবদা ৪০০ মুক্না হিংবগী লান্দা অকনবা চৈথেঙ নংলক্লি। কুমওন নাইনা চাক্তাররিবা উচেকশিংগী মশীং শাথীনা হন্থরক্লিবা অমদি জীব মখল কয়ামুক মুৎশিল্লক্লিবা অসিনা তাকপদি অদুঙৈগী লোক্তাক পাৎকী মীয়োক মীচান ফজবগী শক্তম অদু মাঙপ্রে হায়বসিনি। লোক্তাক মাগী মশাইগোন্দা থুপচফম ফংজরম্বা মহৌশাগী ওইবা ইকোসিষ্টেম অদু মাঙথখিবনা ঐখোয়গী আইদেন্টিটি ওইরিবা কিলোমিটর ৪৫ না কোনবা ঐখোয়গী *শঙাইকোন* ঙসিদি মুৎখিবা য়াবগী চৈথেং ফংলে। চাওখৎ-থৌরাংগীদমক পায়খৎলিবা মৈ শুংনবগী থৌওং অসিনা অকুৎপা লমদমগী ইকোসিষ্টেমদা অকায়বা থোকহল্লকপা মরম্না থৱায় পানবশিংগী পুক্সিদা অঙকপা ফংনা শীঙনরক্লিবা অমদি অতৈ পাৎশিং য়াউনা লোক্তাক পাৎকী শোকথরবা ফীভম অসি উরুবদা মরৈবাক নুংশিজবশিংগী থম্মোয় শোক্তুবা লৈরমলোই।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অমদা লমলক্লি তাঙলবা শা-উচেক কয়াগী তুংনফম ওইরিবা, মীৎনা উবা ফংদবা থৱায় পানবশিংগী শাইদাংফম ওইদুনা মহৌশাগী খল ঙাকপদা চাওনা থৌদাং লৌরিবা চুরাচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্কী টিপাইমুখদা মেগা ডাম শাদুনা খুৎশেমগী ঈচাউ থোকহনগদৌরি। মসিনা লোক্তাক পাৎকী কায়থরক্লিবা শক্লোন অসিগুম্না লমদমসিগী থৱায় পানবশিংগী পুক্সিবু খাংঙুথক্তা লোমহনবদা নত্তনা ইকোসিষ্টেমদা চাউনা অকায়বা অমদি থোকহনগদৌরি। লুরিবদি, ঙসি থোকখিবা অমাঙ-অতানা তুংলমচৎকী অপূনবা পুক্সিদা চাওনা শীংনরক্কদবা কয়াদু মাঙজৌননা উশিলহৌদবা য়ারোইদৌরি।

লমদমসিগী ইনভাইরনমেন্টেলিষ্ট, নেচরেলিষ্টশিংনা ডাম অসিগী পব্লিক হিয়ারিং তৌদুনা মীয়ামবু ইনফোর্মসনগী হক ফংহন্নিংঙি। পব্লিক ওপিনিয়ম লৌবদি অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবা ইনফোর্মেসন্দা শেমগদবনি। মীয়ামদা লৈরিবা কম্মন সেন্স অসিদা নত্তনা নিয়ম চুম্না তাকপী তম্বীরবা ইনফোর্মেসন পীগদবনি। চাওখৎ-থৌরাং হায়বসি অহোংবা ওইরবসু হান্না লৈজরম্বা মহৌশাগী কান্নরবা শক্তমশিংদি কায়হল্লোইদবনি। ডা. আরকে রঞ্জনগী মোত্তা ডামগী ৱাফম অসিদা য়ানিংদনা মায়কৈ খরদগী লাউরকপা তাবিদ্রবসু, ডামগী ঈশিংনা লুপহন্দুনা লৈফম লৈতবগী চৈনাখোল ফংলবা মীয়াম্না য়ানিংদনা লাওরক্লিবা অসিবুদি তাদবা ঙমলোই। মসি লায়না লৌবা য়াদবা মালেমগী ওইবা খোঞ্জেলনি। তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংগী য়েংব তৌদবা মখোয়গী চাকথুং খাক্তনা

ঐখোয়না ঙসি লৌশিনবা হায়বসি খাঙতপ্তগী চত্থবনি, পান্দম ফংনবা চত্থবা নত্তে। *সসটেনেবল ডিবলপমেন্ট* নত্তে। মীয়ামদা পীগনি হায়না ৱাশক্লিবা মৈগী চাং, থবক পীবা, ক্ষেতিপূরন, খুন্দা লৈতাহনবসি হেক্তা ঙমগদবা নত্তে। মদু লোক্তাক প্রোজেক্টনা খুদমনি। ইণ্ডিয়াগী রিহেবিলিটেসন, রিসেটলমেন্ট পোলিসি লৈজদ্রি। মতম মতমগী পাঙহায় হায়জিনবা অসি চুমদবনি। ঐখোয়গী মীহুৎশিং অসি মণিপুরগী মপু ওইরিব্রা নৎত্রগা কম্পনিদা থবক তৌরিব্রা হংবা য়াই। মমাঙগী গবর্ণমেন্টনা হিয়ারিং তৌগনি হায়রম্লগা ঙসিগী গবর্ণমেন্টনা নমশিন্দুনা থমস্ত্রে। মসি মীয়ামদা খঙহল্লু হায়বসিনি। সলাম রাজেসকী মোত্তা লোক্তাক প্রোজেক্টকী পান্দম অমুক হন্না য়েংশিনবা, প্রোজেক্টনা শোকহল্লবা মীওইশিং খুন্দা লৈতানবগী নিয়ম শেম্না অমসুং *ষ্টেট ইনভাইরনমেন্টেল কাউন্সিল* হিংগৎহনবা পাম্মি। অয়াং নোংপোক্তগী মৈগী চাং হেন্না শুংবা পামদে।

তশেংনমক মীয়ামগী অশেঙবা মরল মাঙহল্লগা মৈ পুথোকপদু মীয়াম্না কল্লক্লি ংঙাই ওইদে। অদুবু পোলিটিকেল পৱারদি কল্লকই। মীয়ামগী পুক্লিং ৱাখলদা লান্না চুশিনখ্রবা মমি অদু চুমথোকপা পামই। চুমথোকপদা ৱারবা, পুন্নবা কোলোনিয়েল ওইবা শাজত্তগী নাম্থোক্লবা পৱার অদু পামই। টিপাইমুখ ডাম শাবনা ইথনিক লাইন্দা অচৌবা মমি তাবা য়ারিবা অমসুং ইপোৎ য়োল্লগা মীপোত্তা তাংহন্দুনা লেলহনগদবা থৌওং অসি চুমদে । মালেমগী অখঙ অহৈশিংনা য়াদ্রবা চৎনদ্রবা মেগা ডামগী থবকসি মপী মপা ওইরিবা মীয়ামগী লুচিংবশিংনা তৌবা চুমদে হায়না মীয়াম্না ফোংদোক্লখিবা অসিমক তরাইনা লৌবা য়ারোইদবা ৱাফমনি।

অদুবু সেমিনার অদুদা ডাম শাবা য়ানিংখিবা মীশক অমথক অদু কুকি ইনপি প্রসিডেন্ট, পি গাংটেনি। মহাক্না অহোংবা অমা পামখি। ডামনা শোক্কদৌরিবসি তমেংলোংদগী চুরাচান্দপুরনা হেনগদৌরিবনি। মিজোরাম ঙসিদি ব্ল্যু রিবোল্যুসন মহাউ তংস্ত্রে। ঐখোয়গী মীয়ামদি হয়েংগী লাইরিক হৈতবদু ওইরোই হায়না ফোংদোকখি। ইং ২০০৬ আগষ্টতা ডাম অসিগী মরিদা মণিপুর বন্দ তৌখিবা মতমদা চুরাচান্দপুর এরিয়াদি বন্দ অদুদা য়াওখিদে।

মহৌশাগী খল কায়রকপগী মরীদা থিজিনবগী ফাইন্দিংশিং অমসুং প্রোজেক্টী অকুপ্পা মরোলগী অচুম্বা মশক অদু প্রোজেক্টী ইকজিক্যুটিব সম্মরিনা পুথোকফম থোকপদু ব্রহ্মপুত্র বোর্ডকী মায়কৈগী পুথোক্লম্লগনি খল্লি। অদুবু মীয়াম মাঙদা পুথোকপা ফাওবা ঙমদনা লোৎশিন্দুনা লৈরিবা টিপাইমুখ ইকজিক্যুটিব সম্মরি অসি মীয়াম্না য়াবা ঙমলোইদবা ইনফোর্মেসন য়াউরব্রা? ডাম শাবগী মহৈনা পীরগদবা মথৌ তাবা ইনফোর্মেসনশিং ঐখোয়গী মীয়াম্না ফংজবা ঙমদ্রবদি ইনবাইরনমেন্টকী মতাঙদা পব্লিক হিয়ারিংগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌরিব্রা ? প্রোজেক্টী মতাঙদা *নীপকো* গীদমক শেম শাখিবা রিপোর্ট অসিনা প্রোজেক্ট প্লান্নিংগী মরীদা মহৌশাগী খল ঙাক্তুনা থম্বগী ৱাফম অসি হৌজিক ফাউবা এদমিনিষ্ট্রেসনগী ফোর্মেলিটি অমা ওইদুনা লৈহল্লিব্রা হায়বা ৱাফম অসিনি।

ঐখোয়গী তৌফম থোকপদি, ইকোসিস্টেমগী চৈথেঙগী মরীদা ঐখোয়না মুন্না য়েংশিলহৌদবা য়াদবা অসিনি। পাৎ তুরেলশিং অসিগী *ইকো-হায়দ্রোলোজি* অমসুং *ইকোলোজিগী ওইবা ব্রাফমশিং মুন্না নৈনহৌবদা নত্তুনা ফীজীবীলীটি ষ্টদি মুন্না কুপ্পা তৌহৌফম* থোকই। পাৎ তুরেল অদুগী ইকোলোজিগী চাং মান্নবা মওং অমদা থম্নবগী তঙায়ফদবা অদুগা মৈ ঈশিংনচিংবা পুথোকপগী মথৌ তারিবা পান্দম অদুগা খল মান্নবা মওংদা কায়হন্দনা থম্না হায়বসিনা ইকোনোমি ফগৎহনবা, চাওখৎপা অমসুং বাইওডাইবর্সিটি কন্দুনা থম্বা হায়বা হীরম অনী অসিগী মরক্তা চপচাবা খল ওন্দুনা থম্নগী ব্রাফমসি মুন্না খন্নহৌগদবনি। ❑

# মণিপুর পুব্রারী

## ওনখৎনা ইননবা সেমিনার

লেপ্তুনা হোংলিবা মতমগী য়াঙলবা খোঙচত্তা লমদমসিগী অনৌবা মীরোলগী অঙকপা অহোংবগী খোঙথাং অমা পনবা তারবদি, লীখুন থিবা লোইশিন্দ্রিবা মণিপুরি জাতিগী **পুব্রারীগী** মচাকশিং খোমজীন্নবা কন্না হোংনরকপা অসিনি। মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা শীন্দুনা হৌখিবা জানুব্রারী ৮ দগী ১০ ফাওবা নুমিৎ ৩ নি চুপ্পা কংলাদা হীরমসিগী মরীদা সেমিনার অমা পাঙথোকখি। সেমিনার অসিদা চে ১৫ পাথোকখি। মীওই ২০০ মুক হেনবনা শরুক য়াখি।

সেমিনার অসিগী পান্দমদি হিষ্টরিগী মচাক মরাঙ কায়না লৈরবা পোইরৈ কংলৈ লমদম (মণিপুর) গী প্রোটোহিষ্টরিগী তাঙ্ককপু হিষ্টরি ওলহন্নবা হোংনবা অসিনি । প্রিহিষ্টরিগী মতমবু ময়েক লৈত্রিঙৈ অমসুং লৈরম্বা তারবসু অইবা রেকোর্ড লৈত্রিঙৈ মতমবু খঙনরি। প্রোটো হিষ্টরিগী মতমবু **রিদেবল রাইটিং** হায়বদি পাবা য়ারবা অইবা রেকোর্ড লৈরবা মতম তাঙ্ককপু খঙনরি। খুদম ওইনা, নিংথৌ কাংবা মতমদা চৎনরম্বা ফিজেৎ চাকচা, চৎনবীনচিংবা অইবা রেকোর্ড ওইনা ফংবা ঙম্লি। কাঙবা নিংথৌনা হৌদোকখিবা সগোল কাঙজৈ খ্বাইদগী লিরবা মশান্না অমনি হায়না মালেম্মা খঙনরি। গুইনিস ব্রার্ল্ড রেকোর্ডতা মণিপুরদগী হৌরকখিবনি হায়না পল্লি। শগোল কাঙজৈ অসি মণিপুরগী লিরবা মতম কাংবা হাক্তক্তা হৌদোকখিবনি হায়বসি মালেম্মা শকখঙবিরি। অদুবু মণিপুরিশিংনদি কাঙবগী মতমদু হিষ্টরি ওইহনবা ঙমদনা লৈরি। ব্রাংঙু নাপচিককি লৈনুং লৈতৌবদসু তাঙ্কক অসিগী প্রমান কয়া ফংলি। কার্বোন ডেটিংদা ১৪৫০ বিসি চাউরাক্তা ২০০০ বিসিগী মমাঙদা লমদমসিগী মেগালিঠিক অমসুং চালকোলিঠিক চক লোইশিল্লকপগী থোইদোক্লা খুমাং চাওশিনবা হৌরক্লবা অদুগুম্বা সিবিলাইজেসন অমা লৈরম্বা থেংনরি। মসি আর্কেওলোজিকেল ফাইণ্ডিংনা

খুদম পীরি। মতমদুদা লৈরম্বা কলচরনা প্রমান পীরি। অদুবু লাইবক থিবদি, তাঙ্কক অসি লাই-তীনগী ৱারী ওইনা লৈহল্লি। মালেমগী মীওইশিংনা হিষ্টরিগী থৌদোক্কি হায়না খুদোনবী থিন্দুনা তাক্লবসু, ঐখোয়না থবক ওন্থোকপা ঙমদনা লৈরি। মসিগী মহুত্তা মীতৈশিংনা শিরবা মতুংদা মমিং হোংদোক্লুনা, মশাগী কুঠি মৈ থাদোক্লুনা, পারোন পুরোনগী মরোল তরেৎ কাউথোক্লগা মীতোপকী মপা-মপু, গোত্র/শলাইদা তাংজদুনা জাতিগী লংলবা পুৱারীবু অমম্বগী ঈরোলনুংদা লুপথখিনবা হোৎনরি।

সেমিনারদা পুথোকখিবা পেপরশিংগী মনুংদা ডা. এমটি লায়বগী ডেটা অসি পনবা য়াই। মদু টেবল ওইনা মচেৎ খরদি উৎলি। ডা. লায়বগী মোত্তদি এডি ৩৩ দা নোংদা লাইরেন পাখঙবা পাল্লমদবা য়াই, মথক্তা পাল্লম্বা য়াই হায়রি। অদুগা সলাইরেন নিংথৌ খুদিংমক্কী লৈমরেলশিং তোঙান তোঙান্না পীরি, অদুবু টেবল অসিদা উৎত্রে।

ডা. লায়বগী মোত্তা য়ামদ্রবদা খৃষ্টগী মমাঙ চহী ৪০,০০০ দগী ১০,০০ ফাওবগী মনুংদা পোইরৈ লমদমসিদা মী লৈবা হৌরকখি হায়বসি শুরুং কয়া লৈরিবা অমসুং আর্কেও-লোজিকেল এক্সকেভেসন কয়ানা তাকই হায়রি। মসিদা নত্তনা, লমদমসিদা সিৱালিক মতম ফাওবদা প্লিটোসিস গ্লোসিয়ানাগী ঈশিং অশেংবা ফংলম্বা মরম্না থৱায় পানবা জিবশিং অমসুং তাইবঙ মীনচিংবা শেমখিবা ওইথোক্লিংঙাই ফাওবা লৈ হায়রি। মীশেম পোংশেমলোন হায়না পুয়া কয়াদা ইরিবসি ওইথোক্তে হায়নীংঙাই লৈতে হায়রি। গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটিগী জোলোজি প্রোফেসার টিসি শর্ম্মগী মোত্তা, মণিপুরদা অহানবা প্রোটোসিন মীওইশিং অসি খৃষ্টগী মমাঙ চহী ৩০,০০০ গী অদুৱাইদা খাংখুই শুরুংদা ফংঙি হায়না ইরি (জি কবুইগী হিষ্টরি ওফ মণিপুর লা. ৪৯)। মরম অদুনা মণিপুরদা খৃষ্টগী মমাঙ চহী লীশিং কয়াগী মমাঙদা সিবিলাইজেসন লৈরক্লে, সলাইরেল নিংথৌশিংনা পাল্লক্লে হায়বসিদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে হায়না ডা. এমটি লায়বা অমসুং অতৈ রির্ছোস পার্সন কয়ানা হায়রি। বি. কুল্লচন্দ্র শর্ম্মগী মোত্তসু, লমদমসিদা মীওইবগী কাঙলুপ ফুরুপশিংনা পাল্লকপসি ঙসিদগী চহী ২৫,০০০ রোমগী মমাঙদগী লৈরক্লে হায়বগী প্রমান ফংঙি হায়রি। হীরমসিদা অতৈ পেপরশিংনসু শৌগৎলি। মসিদা নত্তনা, মতমদুদা পানখিবা নিংথৌশিংগী অমদি লৈরম্বা মীওইশিংগী চৎনবী, ফিজেৎ-লৈতেংনা খৃষ্ট মমাঙগী নিংথৌরোল কয়ামুক লৈরম্মী হায়বসি অতৈ পেপরশিংনা শৌগৎলি। অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা হিষ্টরি ওন্থোকপা য়াবগী ওইথোকপদি চাউনা লৈরক্লগনি হায়বগী আশা থম্ফম থোক্লে।

মসিনা ওইথোক্লবদি, হৌজিক ফংলিবা মণিপুর পুৱারীনা চীং-তমগী মরীদা চপ মান্নবা মীৎয়েং থমদুনা চিংননিংঙাই লৈতনা নুংশি চান্নবা অমত্তা ওইবা মীৎয়েংগী য়ুম্ফম অমা পীবা ঙমদ্রবসু, লাক্লদৌরিবা অনৌবা পুৱারী অসিনদি অপূনবগী ইমোসনেল ইন্টিগ্রেসন্দা মতীক চাবা খুদোল অমদি পীবা ঙল্লরগনি। তৌবদবু, খরগা হেন্না নৈনবা, হোৎনবা চঙলি; মতমদুগী নিংথৌশিং পাল্লম্বা লৈবাক্কী ঙমখৈ তাকপা মচাকশিং থিদোকপা তঙায়ফদে। মসিদা চীংগী ফুরুপশিং হেন্না শরুক য়াহনবগা লোয়ননা অখণ্ড অহৈশিং অমদি এময়ুগী ইনিসিয়েটিব মথৌ তারি।

ডা. এমটি লায়বগী পেপরদা মুন্মুম ওইবা টেবল

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মথঙ মনাউ | পাল্লম্বা য়াবা চহী বিসি | মঙাঙ নিংথৌ | লুবাং নিংথৌ | খুমন নিংথৌ | অঙোম নিংথৌ | মোইরাং নিংথৌ | খা-ঙান্বা নিংথৌ | সরাং লৈশাংথেম |
| ১ | ১০০০০ -৫০০০ | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা | কোঞ্জিন তুকথবা |
| ২ | ৫০০০ -২০০০ | লিলা পাখঙবা | পোথাঙ নিংথৌ | পুন্সিবা | পুরৈলোম্বা | খিং খিং লাংবা | মমাঙ পুন্সিবা | পাখঙ য়োইরেনপা |
| ৩ | ৫০০০ -২০০০ | লোঙ্গা পাখঙবা | পোংহান | নোংডম হনবা | কায়নৌ চীংশোনবা | ঙাংচেং লৈতকপা | মমাং কোংখুচা | কাংবা নিংথৌ |
| ৪ | ৫০০০ -২০০০ | লোল্লাং পাখঙবা | হৈবোংলেন | কুরুমলেন | শীংমিং য়োইরেম্বা | উরেন হম্বা | শীংমিং য়োইরেম্বা | কাংকোই |
| ৫ | ৫০০০ -২০০০ | নোংদা লাইরেন পাখঙবা | থোংঙারেন | কুরুমলেন মৈনাইপা | অহোংখমশা | হসা | খাবা লৈচীক | ককন্তুবা |
| ৬ | ৫০০০ -২০০০ | মঙাঙ নিংথৌ | লুবাং নিংথৌ | খুমন নিংথৌ | অঙোম নিংথৌ | পুরিক লাই পোংলৈহম্বা | খাঙান্বা নিংথৌ | সলাই নিংথৌ লৈশাংথেম |
| ৭ | ৫০০০ -২০০০ | লৈশাংলেন অসাঙ ঙাসাবা | নোংতম্লেন | নোংতম্লেন অখুপা | লৈশাংলেন অশাংপা | ইচেং নিংথৌ | নোংতম্লেন অঙানপা | খুম-খুম নিংথৌ |
| ৮ | ৫০০০ -২০০০ | কোনসৌলেন | পোকলৈতোন | য়াঙ্গোই নিংথৌ | তোনতৌ | ঙাংহুখোক | ঙান্বা লৈচীন চিক্লিবা | তোকোম্বা |
| ৯ | ৫০০০ -২০০০ | লৈশাংলেন অসাঙ ঙাসবা | সিংতাপুঙ | ঈচাওবা নিংথৌ | চীংখাং | ঙানিসিং অতেংবা | খাবা লৈথম | পিতিংকোই |
| ১০ | ৫০০০ -২০০০ | লৈতানবা নিংথৌ | পামীঙহনবা | ঈরেম নিংথৌ | ওংদৈ খুন্দাবা | নারোং নিংথৌ | ঙানবা লৈথম | লানপীচা |
| ১১ | ২০০০ -১৫৪ | ঙাসাপা নিংথৌ | খুনথিবা | ক্লাকপা | নুংচিং লানথাবা | কাং কাং ওংলেনহম্বা | খাবা মুচখা | মলিয়াফম পালচা |

# লাইরিক নীংথিনা তমসি

খুনাই অমা চাওখৎহনবদা এডুকেসনবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নে। মতৌ অসিগুম্না খুনাই অমবু লৈখা তানা মাঙহনবা মতমদসু এডুকেসনবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নে হায়বা খ্রাফমসিদা য়েংলগা হায়রবদি, মণিপুরি খুনাইনা ঙসি লৈখা তাবগী চাংদা হন্থুরিবসি এডুকেসনবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা হন্থহনখিবনি হায়বা য়াই অমসুং মসিগী দায়ত্ব এডুকেসন্না লৌফম থোকই। তশেংবমকসু, হৌখিবা চহীশিং (পোষ্ট মর্জর) অসিদা মণিপুরগী এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা চত্থরক্লিবা এডুকেসন পীবগী থৌওং অসি অদুক্কী মতীক নীংবা কায়নীংঙাই ওইরি। মতিক চাবা ওজা নিয়ম চুম্না হাপ্পুবগী, ওজা মশিং কয়ানো ফাওবা খঙদবগী, অরানবা টেক্স বুকশিং তম্বীরকপগী, ইনফ্রা ষ্ট্রকচর খ্রাৎপগী, ষ্টেট অসিগী আইডেন্টিটি ওইবা অশেংবা ইনফোর্মেসন মহৈরোয়শিংদা ফংহন্দবগী,



কর্টসী : সঙাই এক্সপ্রেস, ১৬/২/২০০৬

শেঙ্গা-থুমজাদা কা হেনবগী অসিনচিংবা থৌওং কয়া অসিনা ঐখোয়গী এডুকেসন খুনাইগী ওইবা অফবা পান্দমদা চঙশিল্লকপগী মহুত্তা, অমোংপা শেঙ্গা থুমজানা মরোল মরাঙ তাকহল্লবা লৈঙাক ব্রায়েল অমসুং খুন্নাইরোল অমা মণিপুরগী এডুকেসন্না ঙসি ফাওবা শেমগত্তুনা লাক্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই। মরমদমগী অশেঙবা ইনফোর্মেসনবু অনৌবা মীরোলগী কোক্তা চঙহন্দুনা মফুরুপ মজাতিবু নুংশিজবা পোকহন্দুনা অমসুং মহাক্কীদমক্তা থব্রাই কথোকপা ফাওবা ঙমহন্দুনা অপুনবা শক্তম অমগীদমক মোটিভেট তৌবা করম্বা সিষ্টেমেটিক ওইবা পারাশিং য়াওবা এডুকেসন অসি করম্বা মতমদা পীরকপ্ত্রবগে হায়বসি তোয়না হংনরিবা ব্রাহংনি।

হৌজিক্তি অসোয়বা অরা-নবনা পীক থল্লবা এডুকেসনগী থৌওং অসিগা লোয়ননা, লমদমসিগী মহৈরোয় খুনায়না নীংথিনা মহৈ মশিং তম্বা ঙল্লক্তে। ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা চলাইরিবা মহৈকোল-শিংদগী অপাম্বা মহৈ তম্বা ফঙ্গনি হায়না খন্নরক্তরে। চরাংনরবা খুন্নায় অসিদা নোংমা কাংদনা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক, বন্দ-ষ্ট্রাইক অসিনচিংবনা মরম ওইদুনা লমদমসিদা মহৈরোয়শিংনা মহৈ তম্বগী মহুত্তা মপান লমদা অখাকপা লৈতনা চৎনরি। থৌওং অসিনা লমদমসিগী শেন্মিৎলোন্দা অমদি মরমদমগী থবক তৌরকপদা অকায়বা কয়া থোকহল্লি। অসিগুম্বা মিপাইনীংঙাই ওইবা ফীবম অমা লাকপদগী লমদমসিগী মহৈরোয়শিংনা মশাগী মরমদমদা নীংথিনা মহৈ মশিং তম্বা ফংজনবগী ব্রাখল অমা মীয়াম্না মরুওইনা, মহৈরোয় লূর্পাশংনা খন্নরকখি। মদুবু থবক্তা ওন্থোক্লুনা হৌখিবা ফেব্রুৱারী ৯, ১০ দা মণিপুরি ষ্টুডেন্টস ফেডরেসন্না কনভেন্সন অমা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী সেন্টিনারি হোলদা পাঙথোকখি। মদু মণিপুরদা এডুকেসন পীবগী পুৱারীদা য়াম্না মরুওইবা থৌরম অমা ওইখি । তুংগী মতমদা হেন্না হেন্না মরু ওইরকখিগনি। মসিগা লোয়ননা, হন্দক মহৈরোয় লূপশিংনা পরিক্ষা লোইনদ্রিফাওবা হরাও-কুম্মৈ তৌবা থিংখিবসি অফবগী খুদমনি। মসি চহী পরিক্ষাদা নত্তনা অতৈ পরিক্ষা মতমদসু চৎনহনবা পাম্নরি।

পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইখিবদি, নুমিৎ নিনি চুপ্পা পাঙথোকর্খিবা কনভেন্সন অদুনা তোঙান তোঙানবা হীরম ৯ পুথোক্লুনা মদুগী পরীঙদা রিশোর্চ পার্সন মাপলনা শুগায়না থমখিবা ব্রাফমশিং অদুনি। হৌদোকপগী থৌরমদা মহৈরোয় লূপ অহুমগী লুচিংবশিং হায়বদি এমসু, ডেসাম, এমএসএফ অমসুং মুশুগী প্রসিডেন্টশিংনা ময়ায় তাঙবলদা লেঙশিল্লদুনা ব্রাফম কয়া থম্বীখিবা অদুনা কনভেন্সনগী থৌরম অসি মপুং ফাহনবগী শরুক অমা তশেংনা ওইহনখি। মুসুগী প্রসিডেন্টনা হায়বগুম্না, অপীকপা মহৈরোয়শিংবু এজিটেসন্দা য়াওহনবা, টিয়ার গ্যাসকি মাঙদা লেপহনবসি মহৈরোয়শিংগী অফবা নত্তে। মসি মীয়াম্নসু পামদে। ঈহৌ কনবা লমদমসিদা মহৈরোয়শিংগী অহল লমন্না ব্রাফমসিদা হকচীন্না লৌনরি হায়বা ব্রাফমসিনি।

এমএসএফ এডভাইজর অমনা ফোঙদোকখিবদা, মপান্দা মহৈ তম্নবা মীওইশিংনা লমদমসিদা লাক্লগা সার্বিস তৌবা মতমদা লমদমসিগী গ্রাউণ্ড রিয়ালিটি, মীয়ামগী পুক্নিং ৱাখল খঙবা ৱাংলি। ৱাথোক লাম্থোকশিং মায়োক্নবা মতমদা মীয়ামগা নকুবা ৱাংপগী থৌওংদা অদুম্মক চথবা উবা ফংঙি। এনআরসি প্রসিডেন্ট, এস ভুবোলনা হায়বগুম্না, খুদম্নাই অসিনা ঙসি মায়োক্নরিবশি মপান্দগী নস্ফু হাফুদা ফুজিল্লকপা শক্তিগা ঈরমদমগী হান্না লৈজরম্বা লীক্লমচংকী শাফুগা অনি অসি থেংগায়নবগী অকনবা লানফম অমা ঙসি শোক্লরি। মসিনা মরম ওইদুনা ঈরমদমগী শাফুগী মপাঙ্গল শোকহন্দুনা ঈরমদমবু নুংশিবগী মফম ফংহন্দনবা হোৎনরকপগী অসিগুম্বা তঞ্জা অসিদা এডুকেসন্না লৌফম থোকপা থৌদাং লৌদনা লাক্লি। হান্না লৈজরম্বা অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা শক্তমশিংবু ঙাকশেন্দুনা ইশাগী শক্তম ঙাক্না অনৌবা চাওখৎপা লম্বীদা দায়ত্ব লৈনা লাক্কদবা এডুকেসন্না মথৌ তৌদনা লৈরিবসি ঐখোয়না য়াফম থোক্তে।

তশেংনা হায়রবদা, খুনাইগী মীওইশিংনা মরুওইনা নহারোলশিংনা খুন্নাইগী খোঙথাং মুন্না খঙগে হায়রবদি মদু এডুকেসনগী খুথাঙদা খঙ্গদবনি। মরুওইবা অমনা, এডুকেসন্না নহারোলশিংবু খুনাইগী খোঙচৎ ফগৎহনবা ঙম্মী অমসুং মথৌ তারবদি, খুন্নাইগী খোঙচৎ ফাওবা মপুং ফানা হোংহনবা ঙম্মী, মদুনা মীপুম খুদিংমক্কী পুক্নি মহিংবু হেন্না ফগৎহনবগী ফীভম অমা শোয়দনা পুরকপা ঙম্মি হায়বসি লাল্লরোইদবা ৱাফমনি। অদুনদি, এডুকেসনগী খুনাইগী ওইবা পান্দম অমা লৈজৈ হায়বসি ময়েক শেংলে। মসিগী পান্দমদি, মহৈরোয়শিংবু দিগ্রি ফংহনবা অমদি থবক ফংহনবা ঙাক নত্তে। খুনাই অদু নীংথিনা তাশিন খোমজিন্দ্রবদি থবক পীবা, ফংহনবা অবায়বা নত্তে। দিগ্রিগী ৱাহম্থোক মাঙলকই অমসুং এডুকেসন্না জাতিগী ফত্র-হৌদিগী দষ্টবিন ওল্লকই হায়বসি মণিপুরনচিংবা ইণ্ডিয়াগী নুংশিত্তা হিংবা ষ্টেটশিং অসিদা উবা ফংলি। মরম অদুনা, এডুকেসন্না তশেংনা তৌগদবা থবক্তি থিজিন হুমজীম্বগী থৌওং অসি চাওখৎহনবা অমসুং নহারোলশিংগী লূ-তোংদা জাতিগী ঈচেল চেলহনবা অমসুং মসিনা জাতি অদুবু মশক মুন্না খঙহনবা অমদি জাতি অদুগী অৱাংপা অশোয়বা খিবিক শিন্দোক শিঞ্জিল তৌবা ঙমহনবা অসিবুনি।

মসিদগী ঐখোয়না এডুকেসনবু খুনাইগী কুপশেন শেন্নরিবা ৱাটসদোগনি হায়না লৌনরি। অসিগুম্বা খুনাইগী ৱাহম্থোক অসি য়াওদ্রবা এডুকেসন্দি মথৌ তৌদ্রবা এডুকেসন্নি, নহারোলশিংবু লান্না লমজীংনবা হোৎনবা এডুকেসন্নি, লৈবাক মীয়াম্বু মঙাল পীবগী মহুত্তা চমম্নবা থোকহনবা অদুগুম্বা মখলগী এডুকেসন্নি হায়না লৌনরক্লি। হীরম অসিদা প্রো. ডব্লিয়ু নবকুমার অমসুং ভাইস চাঞ্চেলর সিঐচ অমুবনা চপমান্নবা মোত পীরি মদুদি খুনাই চাওখৎহনবা হায়বসি খুনাইদুগী পুক্কে ওইরিবা হ্যুমন রিশোর্চ চাওখৎহনবা তাই। অদুনা হ্যুমেন রির্শোচবু চাওখৎহনগদৌরিবা এডুকেসন অসিবু

মপুং মরৈ ফারবা উ পাম্বী অমগুম লেঙদনা লৈহনগদবনি হায়বসিনি। মসিগা লোয়ননা থৌরমসিগী ওর্গেনাইজরগী ৱাখল্লোন খরা উবা ঙমখিবদি, এমএসএফ প্রসিডেন্টনা হায়খিবদুনি। এডুকেসনবু চাউখৎহন্নবা থৌরাংশিং ঙসিগী মীরোলনা অসুম ঙাইদুনা লৈরবদি খুন্নাই অসিগী মমি শামখিনি। ঐখোয়গী অনৌবা মীরোলবু মণিপুরগী অশেঙবা শক্তম পূম্বা খঙজনবা এডুকেসনগী অফবা এনভাইরনমেন্ট অমা শেম্বা তঙায়ফদ্রে। মসিগীদমক ঐখোয়না পূনশিন্নদুনা হোৎনফম থোক্লে। ❑

## এপ্রিল ১৩ গী

# শেংলবা থৌরমশিং

এপ্রিল ১৩ না থাবাল্লোনগী থানিল নুমিৎকা ফাংনরবসু নৎত্রগা ফাংনদ্রবসু ইন্দিয়ানাইজেসনগী ৱাখল্লোন্না কোনশীল্লিবা লমখৈগী মনুং চন্না লৈরিবা ফুরুপ কয়ানা তোঙান তোঙানবা মখলগী হরাও-কুম্মৈ পাঙথোক্লি। মখোয়গী ওইবা ফজরবা তোঙান তোঙানবা পাউজেল পীনরি। অমগা অমগা খেৎনরবা তোঙানবা মখল কয়াগী হরাও কুম্মৈশিং ওইরবসু, মান্নবা ৱাখল্লোন্না লংলা ওইরগা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা হোৎনবগী ইন্দিয়ানাইজেসনগী ওইবা নুংগী ৱাখল্লোন অসিমক্তা কুম্মৈশিং অসিগী মমল লৈরবা পাউজেল ওইরি। অমরোমদসু শেম্মীৎলোন অমসুং লৈঙাকলোন্না লাইবক লেপ্লিবা মীওইশিংগী পুন্সি মহিংগী থাকপু তুহৎপিবদগী অমদি নমথবীবদগী নীংতম ঈহৌ হৌরক্লবা মতমসিদা অসিগুম্বা হরাও কুম্মৈশিং অসিগী দায়ত্ব করিনো য়েংশিন্নরকই।

এপ্রিল ১৩ দা মরুওইনা হরাও কুম্মৈ ওইনা পাঙথোক্লরক্লিবশি পঞ্জাবী ফুরুপকী বৈশাখি, খালশাগী পান্দম লিংখৎখিবা শিখশিংগী শেংলবা নুমিৎ অমা ওইরি। পঞ্জাবীশিংগীদি বৈশাখি নুমিৎ অসি নুংঙাইরবা জগোয়গী নুমিৎনি। শকহেল্লবী পঞ্জাবী চনুরাশিংনা মচু নীংথিনা থান্নবা ফুলকারি দুপটাগা লোইননা পুক্লিং হরবা নাপু মচুগী ফিজেৎ শেংলগা গীদ্দা জগোয় শাই, অদুগা মখোয়গা লম্বা পানরিবা নুপা কাঙলুপ্না মশা খীঙলবা ফজরবা জগোয় ভাঙগ্রা শাই। পঞ্জাবকী শেম্মিৎলোন ওইরিবা গেহু পান্দোঙনা সনা মচু মান্না মমুন ফারকপা মতাঙসিদা লৌমী ওইবা পঞ্জাবীশিংনা মখোয়গী

থবক শুরগা চাবগী চাওথোকচবা, ব্লার্ক কলচরগী লেমজবা মশক্তু নুংশিবা ফোঙদোক্তুনা থৌরমশি পাঙথোকপনি। অসুম্না এপ্রিল ১৩ খুদিংগী পাঙথোক্লিবা বৈশাখি অসি লৌরোক কুম্মৈ ওইরবসু মপানগী ওইবা লম্থুম মরাং কায়হন্নবা হোৎনবদা নত্তুনা নুংগী (ব্লাংউলোনগী) ওইবা লম্থুম ফংজনবা হোৎনবনি। লৌমীশিংনা অফবা লৌরোক ওইহনবগীদমক্তা মপূদা থাগৎচবগা লোয়ননা মথংগী চহীদা মহয়-মপোঙ মরাঙ কায়হনবীনবা মপূদা নীংজৈ। অনৌবা আসা অমসুং থৌনাগা লোয়ননা মপুনা পীবিবা শিন্থাদু পাঙঙি। ভাঙগ্রা অমসুং গীদ্দাগী নুংঙাইরবা জগোয়-ঈশৈ অসিমক তাইবঙ পানবগী খোঙচৎপু মহুৎ শিল্লি হায়না লৌনৈ।

গুরু গোবিন্দগী মপোক নুমিৎ ওইরিবা এপ্রিল ১৩ অসি শিখশিংগী খালসাগী পান্দম লিংখৎখিবা নুমিৎপুসু নীংশিংনরি। গুরু গোবিন্দ সিংহনা অদুঙৈ শিখশিংগী মরক্তা মচীন মনাউ ওইবগী চেৎলবা লীপূন অমা লৈহন্নবগীদমক্তা মী মঙাগী পুন্সি কখোকপা মথৌ তাই হায়না মহাক্না লাউথোক্লম্মি। মী মঙা চোংথোরকখি। মহাক্না অমমমদং ওইনা তোঙান তোঙান্না দম্বুর মনুংদা পুশিনখিবা খুদিংগী মাগী থাংশাঙ অদু ঈনা পুঙলুপ লুপ্লম্মি। তশেংবদি ঈ অদু হামেঙগীনি। তুংইনবশিংগী কখোকপা অদুবু চাং য়েংবনি। খনগৎলবা মীওই মঙা অদুবু **'পঞ্জ প্যারস'** হায়না কৌনখি। অসুম্না বৈশাখি নুমিৎসিদা শিখশিংনা গুরুদ্বার খুরুম্মি, কীর্ত্তন তাই অমসুং **'কদা প্রসাদ'** হায়বা অথুম-অহাও চাই।

হীমাচল প্রদেশতদি, বৈশাখিনা নিংথম থাবু কায়নরসি হায়বগী পাঙথোকপা অরোয়বা মীৎকুপনি। থব্রায় য়াওবা মীওইশিংনা মন্দির মনাক্কী প্রাশার অমসুং শিমলা মনাক্কী টট্টাপানিগী অশাবা ঈফুৎশিংদা ঈরুপ্তুনা মশা শেংদোক্লৈ। বেঙ্গলদদি (চরক পুজা নুমিৎ নত্তুনা) নুমিৎসিবু **'নব র্ভসা'** হায়না খঙনদুনা মাঙথ্রবা গুনশিং অমুক হনজিনহন্নবা অমসুং অমুক হন্না কনখৎহন্নবা নীংশিংবা নুমিৎ ওইরি। ফজরবা মচুশিং মরাঙ কায়না শীজিন্নদুনা য়ুম-য়ুমশিংগী থোঙজীন্দা রঙ্গোলি শেম্মৈ। কেরলাদদি নুমিৎসিদা **ভিশু কুম্মৈ** পাঙথোকই। নুমিৎশিবু তামিলশিংনা অনৌবা চহী হৌবা নুমিৎ ওইনা পাঙথোকই। গৌতম বুদ্ধনা মঙাল অমসুং অরান খুভম ফংখিবা নুমিৎনি হায়না বুদ্ধিষ্টশিংনা থাজনৈ। নুমিৎসিদা অসামদা রঙ্গনি বিহু পাঙথোকই। নুপীশিংনা কে-মৌরবা ফীজোল শেৎলবা দ্রম/পুংগী তাম্থাদা জগোয় শাই। বিহারদদি মীয়াম্না নুমিৎ কৌবা লাইদা খুরুমজবগী নুমিৎ ওইরি। বিহারগী সুরজপুর বরাগাউনদা নুমিৎপু ঈরাৎ-থৌনিফম ওইরি। মণিপুরদসু বসন্ত রাস লিংখিবগী থৌরম পাঙথোক্লি।

অসুম্না তোঙান তোঙানবা মওংদা নুমিৎ অসিদা হরাও কুম্মৈগী থৌরমশিং পাঙথোক্লরি, তোঙান তোঙানবা পাউজেল পীনরি। মসিগী নুংগী ঈচেলদা ইন্দিয়া-

নাইজেসনগী অথুপ্পা পাওজেল পীরবসু মীওইবা ফুরুপ পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা অপুনবগী লীচিং অমা পুরক্লবগী থবক্তি হায়বা য়াই। মসিগা লোয়ননা, লৈখিদ্রবা মীওইশিংগী খুভমদা হৈ-লৈ কৎপগী থৌরম পাঙথোকচগে হায়বগী ব্রাফমদা মালেমগী মনুংদা ডিমোক্রেসি চৎপা খ্বাইদগী চাউবা লৈবাক ওইরিবা ইন্দিয়ানা য়াদবগী নুমিৎসু ওইরি। ইং ১৯৮২ এপ্রিল ১৩ দা ইন্দিয়ান আর্মিগা পিএলএগা কোদোমপোকপীদা নোংমৈ কাপ্পবদা পিএলএ মাপন লৈখিদে। মখোয়গী খুভম চৈরাওচীংদা শাদুনা নুমিৎ অসিদা লৈখিদ্রবগী ইমুং মনুং, মরী মতাশিংনা হৈ-লৈ কত্তুনা ধর্মগী থৌরম পাঙথোকচগে হায়বনি। মসিদা গবর্ণমেন্টনা য়াদবা হায়বসি তুহৎপিরবা, নমথবিরবা ফুরুপ অমনা মতীং থোক্লা লেপফম থোকপগী ঈহৌ অমবু এন্টি পিপল ওইবা লৈঙাক্লা মচীল মেন্দুনা নমথনবা হোৎনবগী ময়েক শেংবা প্রমান ওইখিগনি। মতম চুপ্পগী ওইনা নমথবা ঙম্লরোইদবা ঈহৌ অদুগী মগুন হাপ্পা তাখিনি। অসিগুম্বা ঈহৌ অমবু সেক্যুরিটি ফোর্স থাজিন্দুনা মপুঙ ফানা নমথবা ঙমখিবা হায়বসি ব্রাহম্লোক লৈনা ঈহৌ তৌরিবা করম্বা অপুনবা ফুরুপশিংগী মফমদা থোকখ্রবগে ? মণিপুরগী মতাঙদা, গম্ভীর সিংহগী সমাধি, লময়ানবা ইরাবোত, বির টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং পাউনা ব্রজবাসিগী খুভমদা হৈ-লৈ কত্তুনা খুরুমজগে হায়বদা অদুঙৈ ইন্দিয়া লৈঙাক্কী ইঙ্গিৎ য়েংদুনা লৈঙাক্লিবা ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা করিগী য়াখিদে ? হৌজিক্লা মদু পাঙথোক্লরবদা করিগী থিংবা ঙমদ্রিবনো ?

মসিনি নেও-কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্লা থৌজিল্লগা মীওৎ মীনৈরিবা লো-এনফোর্সিং এজেন্সিশিংনা হকথী থোক্লা চথরুবা খুদিংগী থৌদোক্লা ঙসি অবানবা ওইরকপগী পুৱারী। মখোয়নবু হকথী-থোক্লা চথরক্লবদি মদু অচুম্বা ওইদ্রে, জাতিগী মায়োক্তা তৌরকপা থবকনি হায়বসি জাতিগী পুৱারীনা উৎলি। অচুম্বা অসি ঙসিগী লাইরিক হৈরবা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা সেক্যুরিটি পার্সোনেলশিংনা খঙবা য়াওই। অদুবু হৌজিক হৌজিক্কীদমক য়েংলিবা গবর্ণমেন্ট অসিগী অপাম্বদা য়াথং তাউথরিবা মথক থোংবশিংগী য়াথং ঙাকপরোমদা চৎখিবগী শক্লোন অসিসু নম্লা উরি। তৌবদবু ইন্দিয়াগী কনষ্টিট্যুসন্নসু য়ারিবা থৌওং অসি থিংলুবনা কান্নবা পুরক্তে। মপাম্বোঙগী ওইনদি মায় পাকখিদবা য়াই অদুবু নুংগী ওইবা পোলিটিকেল রিল মরা চেংহন্দুনা লৈবাক মীয়ামগী থাক্তা মীয়ামগী ঈহৌগী ফিরেপ লৌহন্নবগী মরম ওইরকই। মতৌ অসুম্না ইন্দিয়াগী মফম অতৈদো এপ্রিল ১৩ দা পাঙথোক্লরিবা হবাও কুম্মৈশিং অসিগী পাউজেল মনীং তম্না মপুং ফানা পীবা ওইসনু হায়বগী আসা লমদমসিগী মীয়াম্না তৌবা তারবদি, লমদমসিগী ওইবা মীয়ামগী থৌরমশিংসু মনীংতম্না মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমহনগদবনি। ধর্ম অমসুং আইন্না য়ারবা অসিগুম্বা থৌবমবু য়ৈখায়-থিনগায়বা পীবা হায়বসি কীন্থগদবগী ঙাইদুন লৈরবা লৈঙাক্কী মরমচৎনি। মায়পাকসনু এপ্রিল ১৩ গী শেংলবা থৌরমশিং। ❑

## মেরা থা

# পাম্হৌইবী-দুর্গা ঈরাৎ থৌনিজবা

মেরা থা লাক্লবদা মণিপুরীশিংগীদি জাতিগী কুম্মৈ লাক্লে; অচম্বা কুম্মৈ নত্তবা মণিপুরী জাতিগী ঈচেলদা ঈথক ইপোম হৌরিবা নাৎকী কুম্মৈশিং। নিংথৌ পাল্লিঙৈদদি লৈবাক্কী থৌরম ঙাক্তা ওইরম্মি - মেরা হৌচোংবা। মগুণ লৈবা মণিপুরি জাতিগী কুম্মৈ ওইরম্মী, অচম্বা ঈথক ঈরাঙ নত্তবা। লৈবাক্কী অপুনবা শক্তম য়োকপা লৈবাক নিংথৌ উনফম ওইরম্মি; কাঙলুপ পুম্নমক্কী মীয়ামগীসু উন্নফম, চীঙবুরোই তম্বুরোই পানা ৪গীসু উননফম, লৈবাক মরা তপ্পবা-লৈবাক নিংথৌ পুন্সিনবা বর·নিফম।

ঙল্লিঙৈ মতমদগীহৌনা কংলৈ মীরোল খুদিংনা, কংলৈ নিংথৌশিংনা হীয়াঙথাং লাইরেম্বীগী খুভমসিদা কোক নোন্দুনা লাকখি। নিংথৌরোলশিংগী ৱারীদা, লৈবাক্কী অরুবা থৌদোকশিংদা লাইরেম্বী মশাইকোন্দা চঙজদুনা ঈরাৎ থৌনিজখি। মহারাজ বোধচন্দ্র মশামক্তা লাইবাও পীখিবগী ৱারীনরি। নিংথৌনা লাইরেম্বী মশাইকোন্দা শাইদাংদুনা হীরি কোনবগীথৌরম চথখি। মদুনা কয়ামুক শেংবনো হায়বদুদি, নোংমা হীরি কোনবা হেক লোইবা খুদক্তা মনাইশিং কৌশিন্দুনা মহারাজকী পোথাশঙলেন শাগৎলিবা অদু খুদক্তা শীদোকহল্লগা লাইরেম্বীগী লাইশঙ ওইনা মেগৎ শাগৎখি। মথোন তরেৎ শাগৎপগী থৌরাং ওইনা তেক না মরোল নাইনা লোনখৎতুনা লৈতেং হাপখি। ইং ১৮০৪ মে ১৩দা চৌরজিৎ নিংথৌনা ময়াম্লুং মধুচন্দ্রনা লান্দারকখিবা অদুবু থেংননবা হিয়াঙথাং লাইরেম্বীদা ঈরাৎ থৌনিজখি। অসুম্না মৈত্রবাক্কী নিংথৌশিংনা লাইরেম্বীবু চেৎনা থাগোন্নবগী ৱারী শীংবুল লৈজে।

অদুবু মতমগী ঈচেলদা অনৌবা শাফু লাকপদগী লাইরেম্বীনা দেবী ওল্লকপা তাখি, মখুৎ তরা পালহনখি। মখোং নামনা নোংশাদা শাদোংবী, নামনা ইরোইকী মকোক পানবা মহীশাশুরগী থবাক্তা নেৎপী, মুন্দমালা থোনবী, য়েত্তা সরস্বতী গনেশ অমসুং ওইদা লক্ষ্মী, কার্তিকনা থৌগনবী ওইশ্রে। পুজাগী অহানবা নুমিৎকী নুংথিলদা চান্দি শ্লোক থীদুনা বৈষ্ণবকী ঈশৈ নোংমাই শক্তুনা দেবীগী ৱারী লীদুনা থৱাই মীরেল শাগৎলি। শিবা অমসুং দক্ষনা সতিগী অশিবা হকচাং মুন্নদুনা খৎনবগী হিন্দু পুরানগী ৱারীনা লাইরেম্বীদগী দেবী ওন্থোকপগী মন্ত্র ওইরি। শিবনা পুরিবা সতিগী অশিবা হকচাংদু মতুপ ৫০ থোক্লা ককথৎপগী শক্তি লায়নীঙ ৱারীদু লাইরেম্বীদা কৎচৈ। খ্বাঙগী শরুক তাখিবা মফমদু হীয়াংথাংনি, অদুনা লমদমসিবু মেখলাদেশ কৌখি হায়না হিন্দুশিংনা লাইরেম্বী খুয়াদা শৈহেক শৈরাংজরি।

---

**কলমনিষ্টকী টাবু** *কর্টসী : সঙাই এক্সপ্রেস, ৫/১০/২০০০*

টিসি হোডসন্ন লাইরেম্বীগী লৈফম্নি হায়রি। " লাইফমসিদা মুরৈনবা নুঙ অমা লৈ, মদু ঐঙোন্দা য়াম্না নক্লা অমুক্তা য়েংহল্লু হায়বা য়াখিদে। মদু মওং তানা ফুদোক্লি হায়বসিমদি ঐহাক অশেংনা খঙঙি। মসি অকিবগী মশক ওইরবা লাইরেম্বীগী লাইফম্নি। মতম অমদা ঐগী ইমাংদা অরোইবা ওইনা লাকখিবা সিবিল কেশশিংগী মনুংদা, সমুদ্রগী মকু থানা পানবা ঙানা ওনবা নুং অমনা য়াম্না ফজনা অশেংবা পোৎশক অমা ওল্লকখিবা ৱাথোক অসিনি। শাক্ষি প্রমান পীনদুনা মদু মখা তানা চত্থরবা মতুংদা ১৯শুবা চহীচা হৌগৎলকপদা কছার নিংথৌশিংদগী মদু নমদুনা মুনবিখিবনি হায়বসি খঙখি অমসুং মদু গম্ভীরসিংহগী মখুত্তা লৈখ্রে। মহাক্লা লৈখিদ্রবা মতুংদা লুখ্রা ওইহৌরবী চন্দ্রকৃত্তিগী মমা ইবেম্মগী খুত্তা লৈখি, মদু মহাক্লা নরসিংহবু হাৎনবা হোৎনরবা মতুংগী সিল্লেটতা চেনখিবা মতম অদুদা (নুঙ অদু) পুদুনা চৎখি। নুঙ অদু য়াম্না পীকই, অমসুং মদুনা অঙকপা খুদম অমা ওইনা উৎলিবদি অকুঙবা, অথাবা মমিৎশিং অদুনি, মদুনা পোৎশক অদু অৱাংবা থাক্কী অশেঙবা মখল অমনি হায়বদু উৎলি। মদু পায়রিবা মীশক অদুদা লাইবক ফহল্লি, ইং ১৮৯১গী চরাঙনরবা মতমদা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো অঙৌম্বানা পায়শিল্লম্মি। মহাকপু আন্দমানদা থাখিবা মতমদা মদু ব্রাহ্মণ অমদা পীখিরম্মী, মদু মহাক্লা (ব্রহ্মণ) অমুক বেঙ্গলী অমদা য়োম্বোক্লম্মি। মমৈদা সুরচন্দ্রগী মচা মশুশিংনা থিগৎনরক্লবা মতমদা বেঙ্গলী অদুদা মতীক চাবা মমল হঞ্জিনবীরগা কোর্ট অমদগী নিংথৌনা ফংহৌবনি ...।" (দ মৈথৈজ লা: ১০২) ৱাফমসিনা লাইরেম্বীগা মরী লৈনবা ৱাফম খরদি খঙহল্লে।

লাইফম অদুদা খুরুম্বগী পান্দমদি মুর্ত্তিদা খুরুম্বা নত্তে, লাইরেম্বীগী খ্বাঙগী শরুক্লি হায়দুনা লফু মতুপ অমদা ফনেক্লা য়োমশিনবা মতুপ মতুপশিং অদুনি। মসিদা মীৎয়েং চীংশিন্নিংঙাই ওইবদি, দেবীগী অপাম্বদু মানা পামজবা লাইনিংগী শৈহেক শৈরোল অদুমক্লি, অমসুং লাইরেম্বীগী খুভমদগী পঙলাপ লাপ্তুনা লৈরিবা হৈবোক মহাদেবগী মমিং চৎলবা খুভম অদুনি অমদি, হীয়াঙথাং লাইফমদা তারিবা 'ফনেক' অসিমক মণিপুরগী মীয়াম্না শীজিন্নদুনা ঙসি ফাও চৎনরি হায়দুনা উপাধি ফংলবা লাইরিকশিংদা ইনবা য়াওরি পঙহায় হায়নবা য়াওরি।

অদুমকপু দুর্গানা মপামদা লাকপগী ৱারীনা য়ুম্ফম ওইবসি য়াম্না ৱাহম্বোক লৈবা, হিংনরিবা পুন্সি মহিংগা য়াম্না চুশিন্নবা, পুক্লিং নুংশিত্রবা এপিসোদনি। মণিপুরদদি মেরা চাওরেল হেক হৌখিবদগী ময়ুম পানগ্রবী নিংঙোলশিং নুমিৎ ১০ চুপ্পা মপাম চঙনদে। ৱারীদগী তাইবং ওম্বোকই, পীবানা খুৎলিংবা খুনাইগী মপুক নৌথোকহল্লি। ৮নি পানবদা হিয়াংথাং লাইরেম্বী পুজা তৌই। নুমিৎসিদা ৱাকৎপা লাকপা, খুরুমজবা লাকপশিংগী মীশিংনা চহী চহীগী হেনগৎলকপা অসিনা তাকপদি লাইরেম্বীগা মীয়ামগা লৈনবা মরী অদু উৎচরি।

নিংথেম পুত্রি মপান্দা লৈরিবা মী ৩না পুবা ঙমদবা মমল য়াম্লবা নুঙগী মুর্ত্তি অসি দেবীনি হায়রি। মুর্ত্তি অসি মখোঙ মখুৎ পান্দে, তুংলোমদগী য়েংলকপদা নুপী মানবা

মুর্তিনি, নুপী ওইবীগী শকওং লাকশিনবা ঙম্মি। ইং ১৮৫১ চন্দ্রকৃর্ত্তি সনা হাক্তক্তগী হৌনা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মেরা নোংমা পানবা চাউরেন হৌবা নুমিত্তা নিংথেম পুখ্রিদগী কোনুংগী দরবার শঙলেন তান্না লাই লৌখৎতুনা পুবগী চৎনবী অমা লৈরকখি। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা ব্রক্ষ্মণশিংনা দেবী পুজা তৌই। মসিগী মতৌ তমদুনা মণিপুরগী লৈকাই খুল খুদিংনা লাই লৌখৎতুনা দেবী পুজা তৌবগী পাকশন্না চৎনরম্মি। পুজা মনুংদা ঈশৈ নোংমাই, লীলা পালা তৌদুনামতম অমদি পুমনিল নিল্লম্মি। মসি তৌরগা নিংথৌনা য়াবা, অঙম অথৌ লৈবা লৈকাই খুলনি হায়না লেম্নরম্মি।

বেঙ্গলদগী মণিপুর তান্না লাকখিবা বৈষ্ণব লাইনিংগী খোঙচত্তা লমদমসিগী হান্না লৈজরম্বা মচাক ময়াম অমা ব্বায়রগা শীজিন্নখিবা, অদুগুম্বা অনীদু মতম কুইনগীদমক তোৎশিন য়ানশিন্নখিবা অসিমক য়াম্না মরু ওইবা পুৱারীগী তাক্ককনি। লমদমসিগী য়েলহৌঙৈগী লাইনিং লীচৎকা বৈষ্ণব লাইনিংগা মৌনখ্রবা অনি অসি তোৎশিন্নবগী মওং অমা চহীচা ৩গী মনুংদা পানখিবা মণিপুরগী নিংথৌশিংগী পোলিসি ওইরকই। অসুম্না তোৎশিন্নবদগী হিন্দু-মীতৈ অনীনা লাইনীঙগী য়ানশিন্নবা ঈচেল অমা চেম্থরকপদগী মীতৈগী ব্বাক তানবা থৌরমগা দুর্গা পুজাগা পুনশিন্নরি, হৈক্রু হিদোংবগা রাধা কৃষ্ণগী হি তোংবা থৌরমগা অমসুং নোংমাই পেতঙা নীঙশিং কুমওনগা বারুনীগা পুনশিন্নরি। অসুম্না সনামহিবু কৃষ্ণ ভক্ত ওইহল্লি, নোংপোক নিংথৌগা মহাদেবগা, দুর্গাগা পাম্থোইবীগা পুনশিন্নখিবদগী হিয়াংথাং লাইফমদা দুর্গা লাৎপগী লাইনিং লাইশোল মপুঙ ওইনা চথহৌরি।

বর নোংঙাল্লগা দেবী পুজাগী হৌনবী বলি তৌবসি মণিপুরীশিংনা কয়া পাম্নদে। ১০নি পানবদা য়েলহৌঙৈদগী চৎনরকপা কংলৈ ইনাৎকী ব্বাক তানবা থৌরম ঙসিসু কায়দনা সনা কোনুংদা চথহৌরি। তৌবগীদি মসি মমিংদগী ওইনা পাঙথোকপা উরি, মসিনা তাকপদি মুৎখিগদৌরে হায়বসিনি। শিথরকপনা হিঙ্গৎলকপদগী খেন্নবসি সনাগী মহুৎ য়াইঙংনা শিলহৌবা থৌওং অসিনা তাক্লি। কুমওন থৌরম পাঙথোকপদা পীকশিন্নবা হোৎনবা অসিনা তাকপদি হিংনা হিংনা শিথরে হায়বসিনি। অনৌবনা ময়াক চাম্বদা অরিবা য়াওখ্রে। য়েলহৌগী মগুণ লৈখ্রবা ইনাৎ অসিগী ব্বাহস্থোক মীয়ামদা খঙহনবগী কান্নবা কয়া লৈরি। থৌরমশিং অসি হেন্না মহাও লৈহনবা ঙল্লবদি ঙসি চয়েৎ চনৈনরিবা মতমগী ব্বাহং কয়া অসি নাখৈ শেংনা শন্তাইনহনবা ঙমফম থোকই। থোইদোক্লা য়েলহৌঙৈগী ইনাৎকী ওইবা থৌরমশিংনা অপুনবা শক্তমগী ঈচেল অমমম য়াওজবা মরম্না মদুগী মগুণ অমসুং চন্নফম হেন্না লৈরক্লবা মতম অদুদা লৈবাক ইংগদৌরিবনি, লৈবাক নিংথৌ পুক্সিগদৌরিবনি।

পাম্থোইবী ইমাবু ঈরাৎ থৌনিজবদি নুপীগী নুংগী অমসুং পানগী মরীদা মখোঙ থোঙনা লেপ্লা ঙমজনবগী ঈহৌ পীবা ব্বাখল্লোন্নি। দেবীগী জাৎ কাঙলুপ নাইবা অদুমক্কী ব্বাংমদা ইমা পাম্থোইবীনা লমদমসিগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা চীঙবুরোই তম্মুরোই পুম্ববু মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবা অসিমক মণিপুরি জাতিগীদমক্তদি অতাঙবা হিদাকনি। লাইরমলেন্দা মহাক্লা খ্বাইদগী মকোক থোংবা লাইরেম্বী অমা ওইনা শাইওনবীনবা খোয়ুম লাই খুদিংমক্লা শক্তম লাংবনি হায়না 'পাম্থোইবী খোঙ্গুল' না শৈথারি। মহাক্কী তাইবঙ

লীলাদা নুংশি নুংওন্নবা ফম্বাক ঙাক্তদা শক্তম লাংবা মরম্মা জাতি অসিনা মহাকপু নুংশিরি অমদি শৈথারি। মাগী খোঙ্গুল লীজবনা চীঙ তম মচিন মনাওগী উন্নফম ওইরিবা মেরা থাগী মশক হেন্না চোংথোরক্কনি। অদুঙৈ মনাও তম্মুরোইনা তাম্মা খুন্দাখিবা তম্পাক লমদমবু য়েংথবিরক্কবা অমদি লোইবী চীঙমায় য়েংনা পাল্লি হায়বা খঙনবা মেরা থাংমৈ থানখিবদো ঙসি চীঙমী অহলশিংনা কাউবা ঙম্বগী পনখৈ লানঙমদনা লৈরির্বনি। মেরা থা য়ৌরকপদা য়াম্বগী থমোয় খৈনা পেৎথোক্লে হায়না পাউদম্নবা তম্পাক য়েংদুনা লৈরকখিবনি। য়েলহৌঙৈগী ঈরম অসিনা ঈচেল চুম্না চেষ্টহনবা ঙম্লবদি চীঙবুরোই অহল্লোনগী থমোয় কাচিন্দগী চীঙবুরোই নহারোলগী থমোয়দা থঙথরকপা হায়বসি মশানা তাজবা ৱাফমনি। ঙসিদি মসিবু ওইথোকহন্নবা মণিপুরি জাতিগী অনৌবা ঈচেল চেষ্টবা হৌরক্লিবা অসিমক পুৱারীনা লাইবাও পীরকখিবা য়াওল ঈহৌদুনি। ঈচেলদুগী ঈনোৎ কাফম থোকপসু হায়নরিবা মেরা থা অসিনি। অদুঙৈ ঈপল চীঙখোঙ পোইরৈতোন্না ***থৌদু নুংথোঙ হাংনা খোয়ুম লাই অরিববু চীঙখোঙ নামি য়োক্লা ৱাকন নশাবু কম্নৌও*** হায়না মশা মরেং পায়না মেল্লকখিবা হারৈ মেরা থানি, লৈবাক নিংথৌগী হী য়াইনি। ❑

## মণিপুরি নাগা কুম্মৈ

# লুই-ঙাই-নী

করিগুম্বা কাঙলুপ অমনা মশাগী অশেঙবা য়ুম্ফম লৈরমদবদগী শেমগৎ-শাগৎতুনা মীরোল ৪/৫/গী মনুংদা য়ুম্ফম লৈবা হৌরকপা অমসুং মদু ভারত জাতিগী থাক্তা নত্তনা মালেমগী থাক্তা রাজনীতি তৌরকপগী মায় পাকপা অসি শীঙথানিংঙাই ওইবসু লৈ। ফেব্রুৱারী মার্চ থাদা খঙহৌদনা লাকপা নুংশিৎকী ঈপোম মরক খায়দুনা অতিয়া খেৎনা মালেমগী থাক য়ৌনা মনীং তম্না পায়রিবা মচু মচুগী তেলঙ্গাগুম শীঙথাবা য়াই। নক্লরম্বনা লাপথোক্লখিবা, লাপ্নরম্ববু নকশিলহনবা, লৈরমদবনা লৈরকপা হায়বসিদা মনুং ফুন্না মচাক হানবা ঙমলোয়দবনা তুং কোয়না চৎলোই নৎত্রগা চৎকনি হায়বগী ৱাফম্না তোঙান্না থমম্বগা, মতমগী খোঙলৈগী শিয়োমনুংদা লেপ্লা লৈতনা চথৱিবা য়াওল খোঙচৎনা নীংথমগী পিবুক্লুংদা ঈংনা তপ্পা লৈরম্লিবমখৈ অইংবা অচীকপা মফমদা অনৌবা ৱাখল্লোন্না ফেসন তৌদুনা য়াওল ইহৌগী য়েন্নিং মমিৎ থোরকফম হায়বদু ওইহৌরি।

ফেব্রুৱারী ১৫ অসি *মণিপুরি নাগা সিদ সোইং ফেষ্টিবেল দে* ওইনা লুই-ঙাই-নী পাঙথোক্লি। কুম্মৈ অসি য়েন্নিংহুনবা মতমগী মণিপুরদা লৈরিবা নাগা ফুরুপশিংগী মরু মরাঙ হুনবগী অপুনবা থৌরম ওইনা পাঙথোকপনি। অনাল, মাও, মরাম, পৌমাই,

তাংখুল, জেমৈ, লিয়াংমোই, রোংমৈ, পুইমৈ, মোনশাং, মরিং, তরাউ, লমকাং, ◌োথে, খারম চীরু, কোইরেং, থাঙ্গাল অসি নাগা ঙাক্তনি হায়রি। মখোয়গী য়েলহৌঙৈগী ঈশৈ, জগোই, ফুঙ্গা ৱারী, কলাগী মান্নবা লীপুন্না পুল্লগা অপুনবগী খোঙফম চেৎনা লেপ্লবা আপিল তৌবা অমনি। লোন অমসুং চৎনবীদা খেৎনবা লৈরবসু খুন্দা লৈতারিবগী লম্মিৎ তুম্মিৎলোন মান্নবা অমসুং অপীকপবু অচৌবনা তুহৎপগী অমসুং লৈঙাক ৱায়েল চিঁহৈ নাইবনা ফংহল্লিবা অৱা চৈথেং খাঙমিন্নরকপগী মান্নবা চাং অদুনা কলচর ওইরগা মখোয়বু চেৎনা পুনশিন্নবগী খোঙফম শেম্লিবনি। মসিনা পোলিটিকেল এমিটি ওইহন্দুনা অৱাংলমদা লৈরিবা নাগা চীংদগী শন্দোরকপা নাগা নেসনেলিজমগী ঈচেলদা য়াওশিনখিনবা খোঙবু শেম্বগী ঈহৌ অমগী শরুক্নি।

অৱাং নোংপোক্তা খুন্দামিন্নরিবা চীংমীশিং অসিগী তশেংনা ফজরবা মনাৎ ইনাকখুন্না লৈজে। মখোয়গী পুন্সি মহিংগী মরুওইবা থৌদোকশিংবু হরাও কুম্মৈগা লোয়ননা থৌরম পাঙথোকই। ঐখোয়গী ইরক্তা নাগানি হায়রিবা ফুরুপশিং অসিনা ***লুই-ঙাই-নী*** লাকপা মতমদা মহৈ মরোঙগী লাইরেম্বীদা চরোং চুম্না পালহনবীদুনা লৈবাক য়াইফহনবীয়ু হায়না জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্নুনা অমসুং লাইরোন শক্নুনা তাইবঙ মপুগী মফমদা নিজবা থৌরমনি। য়েলহৌ মশক অশেঙবা ওইবনা মঙোন্দা শুন্মৎয়াইগী মগুণ চেনজবদু মপু ওইবা তান্নবগী ওইবা মতমগী থৌরম অমা ওইরি।

***লুই*** হায়বদি তাংখুল ৱাহৈ ***লুইরা***দগী লাকপনি; জেলিয়ারোংগী ***ঙাই,*** সেনাপটি চান্দেলগী ***নি***য়াওরি। ৱাহম্লোকতি মরু মরাঙ হুনবা হৌবা হায়বনি। নাগা ফুরূপ ওইহনবগী লম্বী য়াংপদা, খেন্নবা চীংমী ফুরুপশিংগী নাৎ অমসুং ঈদা মান্নবা খজিক্তং লৈরবসু, নাগা ফুরুপ অমা ওইনা মখোয়গী অপূনবা কুম্মৈ লৈরক্তবা, অপূনবা নাৎ লৈরক্তবা, অপূনবা লোল, চৎনবী লৈরক্তবা অসিনা নাগাগী খোঙথাঙদা অকায়বা লৈরকপা অমসুং মালেমগী থাক্তা চৎনবা য়ারক্তবা কয়া অসিগী অহাঙবা মেনশিন্নবা থৌরমসু ওইরি। নাগা ফুরুপ শাগৎপদা থৱাই য়াওবা রাজনিতি লুচিংবশিং, ফম্নাইবশিং, অখণ্ড অহৈ সোসিয়েল সাইন্টিষ্টশিং পূনশীন্নদুনা মুন্না খন্নরবা মতুংদা ১৯৮৬ মে ১০দা জি এম হোলদা গাইখাঙম অমসুং বেনজামিন বানিনা চীফ গেষ্ট অমসুং প্রসিডেন্ট মথংশিংনা ওইদুনা সেমিনার অমা পাঙথোকখি। থৌরমদুদা পেপর ১২ পাথোকখি। নোংঙাল্লগা ফুরুপ খুদিংমক্তগী মীহুৎ অমমম খনগৎতুনা রিকোমেন্দেসন কম্মিটি শেম্লগা ৱাহ.কে. শিমরেগী য়ুমদা চেকশিন্না পাঙথোকখি। মদুদা পাকথোক চাউথোক্লা কুপ্লা খন্নবদগী অকক্লবা নুমিৎ অমা লেপ্লা ঙমখি, মদু ফেব্রুৱারী ১৫ ওইখি। মথং চহী ১৯৮৭তগী হৌবা হায়না লেপ্ল খি। ৱারেপ অসি মণিপুর সরকারনা য়াবিদুনা ফেব্রুৱারী ১৫বু পব্লিক হোলিডে ওইনা লাউথোকখি অমসুং ভারত সরকারগী টুরিজম মিনিষ্ট্রিনা ***লুই-ঙাই-নী*** থৌরম্বু ভারতকী টুরিষ্ট ফেষ্টিবেলশিংগী মনুংদা অমা ওইনা মনুং চলহনখি।

মণিপুরগী নাগানি হায়রিবা চীঙমীশিংগী হরাও কুম্মৈশিং অসি লৌউ শীংউবগী মহাও য়াওবা ঙাক্তনি। অপীকপা লম অসিদসু অমগা অমগা নোংজু নুংশা খেন্নবগী মতুংইন্না খুল অমগা খুল অমগা মতম খজিক কান্নরবসু ফেব্রুৱারী অমসুং মার্চ থা অনী অসিদা মহৈ মরোঙ শোয়দনা হুন্দবা য়াদবা মখোয়গী পুক্সি মহিংগী খ্বাইদগী চিল্লবা মতম চীঙজিন হায়বদু ওইরিবনি। অইংবা লমদা লৈরিবা লৌফমনা অশাবা লমদগী খরদং হান্না থাবা তাই। অনেম্বা অশাবা লমনা থেংলপ্লা থাবা তাই। তৌবদবু থবক তৌবগী চাং অমসুং পাং দমদি চপ মান্নে। হঙ্গৎনা য়েংলুরবসু, কুইররবা মতমদগী হৌনা ফেব্রুৱারী অমসুং মার্চ থাদা পাঙথোকপা চীঙমীশিংগী হরাও কুম্মৈশিং অসি লাইনীংথৌ লাইরেম্বী অনীদা মহৈ মরোং মরাঙ কায়না থোকহনবীনবা যৌনিজবগী থৌরম ঙাক্তা ওইনা তৌই। অদুবু মতমগী পুক্সি মহীং লাকখিবা অমদি অতোপ্পগী শক্তিনা লান্দারকখিবদগী চীঙমীগী পুক্সি মহীংদা অহোংবা লাকখ্রবসু, হরাও কুম্মৈগী মচী ওইবা শরুক অদুদি মাঙদনা লৈরি। মখোয়না চৎনরম্বদগী কায়থম্রবা অরেমখাক ওইবা মচেৎ মকায়গী খুদমশিং হৌজিক ফাওবা লৈরি। মখোয়গী চৎনবীগী, মপা মপুনাৎকী থায়নরোলগী, থাজনবগী অমসুং মমল য়াম্লবা কান্নরবা কয়াগী অইবা ওইনা পুৱারী ওইনা লৈহৌদ্রবসু মদু ঈশৈ জগোইদা, ৱারী লীবদা, হরাও কুম্মৈশিংগী মনুংদা লৈহৌরি। মখোয়গী হৌম্রবা মশক থোকপা চৎন পথাপ অমসুং চারোল শুরোলশিংগী মমল য়াম্লবা মরী অদু অমুক হন্না মৈ চুখৎনবগীদমক্তা ঙসি ***লুই-ঙাই-নী*** পাঙথোক্তুনা জগোই ঈশৈ অমুক হন্না শেমগৎতুনা নৌনা শাগৎলিবা নাগা জাতিবু চেৎশিন্না পুন্নবা লীপুন শেমলিবনি।

*সেলিব্রেসন কম্মিটিনা কুমশিং ১৫শুবা* ***লুই-ঙাই-নী*** *পাঙথোকপসিদা* ***নো দাই রুটস (নশাগী লেম্ফু খঙজৌ)*** হায়বসিদা থিম ওইদুনাপাউজেল পীরি। ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা লেপ্পিরম্বা অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী খোঙ্গুলশিং অদুতবু থাজবগী খোঙথাং অমা ঙসিগী থৌরম্না ওইহল্লি। ৱাখল লৈবা মীওইবা অমগুম থবক তৌবসিনা ইশাগী হৌরকফম খঙনা চৎপা অমদি লুরবা তাঙ্কক কয়ানা শন্তাইনবা হৈবগী ৱাখল্লোন পীনদুনা ঐখোয়বু হিংহনবা অমসুং পূন্না হিংমিন্নবগী শেম শাহনবা নুমিৎ অমা ওইরি।

মণিপুরি নাগাশিংনা পাঙথোক্লিবা থৌরম অসিনা লৌউ শীংউবগী মায়কৈদা পুক্লিং থিংজিন্দুনা অওনবা শেনমিৎলোন অমা লীংখৎপগী অমসুংনাগা ফুরুপ শেমগৎপগী মচাক য়াওরি। মসি মণিপুরি নাগাগীদি অফবা অমনি অদুবু ঙসি হিহোন মায়কৈ তিন্নদ্রিবা অমদি তোঙানবা মঙ লৈবাক অমগী মোন্দ্রঙ শান্নরিবা শক্তিশিংগী শাফু য়াওবরা হায়না হঙ্গৎনা য়েংদবা য়ারক্ত্রবা মতাঙদদি ঐখোয় ঈ মশেল অদুঙৈ নীংশিংবা থোক্ত্রিঙৈ মতমদগী হৌনা অপূনবা লম্মিৎ তুম্মিৎলোন অমগী মখাদা, অপুনবা পুৱারী ইমিন্নদুনা হিংমিন্নরকখিবা মতম খুদিংদা কায়নবা য়ারোইদবা মরী অদু করিগুম্বা মওং অমত্তদা খাংঙুথক্তগী লৌরুবা ৱাখল্লোনশিংনা থুগাইনবা শীনবা য়ারোইদবনি হায়বসি ঐখোয়না কাউফম থোক্তে। ❑

# হুংবুম লোং কাকোম

## (মহারাজদা রাজভক্তি উত্তুনা অপুনবা শক্তম শাগৎলম্লিবা তাম্বুল খুনাইগী ওইবা থৌরম)

মমিং লৈরবা হুংবুম খুল্লাকপা লুপতিন অসি অমুক্তংদি য়াওজগে খল্লকপা কুইরবনি। তাঞ্জা অমা ফংজবদগী হৌখিবা এপ্রিল ২৮দা মণিপুরগী মহারাজ লৈশেম্বা সনাজাওবগা লোয়ননা হুংবুম চৎপা ফংজখি। স্না কোনুং রোয়েল কাউন্সিলগী ফম্নাইবশিং, মাইবা-মাইবী, থাং-তা কলচরগী মীওইশিং, মেডিয়াগী মীওইশিং পুন্না ৩০মুক শুই। নুমিৎতু নোংসু ফনা নীংথিনা চুই। চীঙ লম্বীগী থেক খোয়রবা অকা অকুমগী লম্বীদু নোংনা অমুক হেন্না নালহনখি। নোংদোল পক্লা পাইরিবা নোংগী লৈচিলগা শম্নরিবা চীংদোলগী লম্বীদা থৌরিবা বস মনুংদগী য়েংথোকখিবদা তাম্না উখি চপ ঙম্লবা লোকচপ, তম্পাক তম্না চেম্থিবা লোক্কী ঈচেল। মদুবু উরুবদা পুক্লিংদা ফাওরকখিবা অকিবা-তুজুংবা নুংশিবগী চরাঙনরবা পুক্লিং ঈহুলবু নমহৎলগা হুংবুম য়ৌনিংবগী ব্রাখলনা খুদুম চনশিনবদু অমুক উরুরগা কয়াদা পুক্লিং নুংশিরুরে। অদুঙৈগী অঙাওবা মতমগী ব্রাখলগা মরী মতাঙ শম্নরকই। কি.মি. ৭০মুক চৎলবা মতুঙদা পুং ১২ তাবদা হুন্দুং থব্রায়জাও খুল য়ৌরে। লেপ্পা লৈতনা নোং চুরবসু, ছাতিনগা অমত্তা য়াওদনা তাম্বুল পাখংশিংনা নাৎকী ফিজেৎ শেত্তুনা ইনিংথৌবু ওকপা পরেং পরেং থোরকই। মি. ১০০মুক কাখৎলগা খুলগী লম্পাক য়ৌরে। মীয়াম চোন্না তিল্লম্মী। অতিথি ওইগদবা আসাম রাইফলসকী দি.আই.জি. ব্রিগেডিয়র জে.এস. সন্ধু লেংঙক্কুনা লৈরম্লে। পুং ১০.৩০তাবদা হৌগদবা সেসন্দু মহারাজ লাক্তবদগী ঙাইদুনা লৈরম্লি। কয়াদা ব্রানা ঙাইনরম্লবা! ইনিংথৌনা মীয়াম মরক্তা চংলকপদা মীয়াম পুম্নমক লেপখৎনদুনা হরাও-তয়াম্বা ফোঙদোক্লরকখি। নুপা-নুপী কয়ামুকনা মচিন থোক্লা 'করিগী থেংবরা.... নিংথৌবু ঙাইবনে' হায়বনা পুমনিল নিলখি। থৌরমগী তাবলদা লেংখৎব্রিঙৈদা ***কালং শিম*** (ভিলেজ ওথোরিটিগী পঞ্চায়ট কোর্ট) দা হুংবুম নিংথৌনা ওক্কুনা মফমদুদা মহারাজগী ফিজোল হোংখি। কোর্টকী ফক্লাংদা থাঙ্গাল জেনরেলগী অচৌবা পিকচর অমা মতোমতা নান্না থেৎলি। মখাদা ইরি : ***"দেথ রাদর দেন সিন"***।

শেম শাবা লোইরদুনা পুং ১২.৩০ তাবদা দাইজদা ঈনিংথৌ লেংখৎলে। ব্রিগেডিয়র সন্ধু, মাগী নুপী অমসুং সিওদা হুংবুম নিংথৌনা শাল অমমম খুদোল তৌবগা লোয়ননা থৌরম হৌরে। ফজম্রবা লৈশা ২০না নাৎকী ফিজেৎ শেৎলগা থোরক্কুনা থেক-নৌনা চৎলি, জগোই শাই। তাম্বুল নাৎকী মমিং চৎলবা ***লা খংঙানুই*** (শকহেনবী চাংদম্নবা) হায়বদুনি। খুলগী অহলশিংনা অথোই অহেন লেপ্পী। লৈশা শেংদ্রবদি য়াওবা য়াদে।

মমাংঔেদদি থক্কী ফি থোংনরমদে হায়নৈ। ইনাক্তা ফম্বী উখুল দিষ্টিক্টকী চাইল্ড ৱেলফিয়ারগী প্রোজেক্ট ওফিসার ওইবী রিংসাং ফি এলাইজ অশঙনা অইবদা মচা খায়না হন্দোকই। মথংদা পাখং ২০ থোরক্কুনা ***খামাহোন (লান জগোই)*** উৎলি। কুচু পানবা তাম্বুল পাখংশিংনা লান জগোই শার-শারদুনা লাউ খোংদুনা চেন-চোংলকপা, মদুগী মরক্তা লাল্লোয় অনীনা চপ্তুনা নিংথৌবু থৌগল তৌরকপা কয়াগী মতিক ফজখি! লাল্লোয়শিংগী কোক্তা মিটর অমা ৱাংবা·মতোন্দা মচিন তুম্না হুইথখিবা মচু মচুনা লাংবা লুহুপ উপ্লি। উচেক লাংমৈদোংগী মচুনা শাবনি হায়। লৈশা অমা থোরক্কুনা লাল্লোইশিংদা ময়ু পীথকই। হৌজিক খৃষ্টান চৎলবসু নাৎকী লীক্লমদি কায়দনা চথরি। লেপ্তুনা চুরিবা নোংলক্তা, লুমথরক্লিবা অমুবা লৈচিল মপৈ মপৈগী মরক্তা শকহেনবা পাখংশিংনা চেন-চোংদুনালাইরেন মথেক্কুম কোইরকপা অদু উরুবদা হায়ফম খঙদবা ৱাখলগী ঈথক ঈপোম্না থম্মোয়নুংদা য়েরকখি। মাঙদা মিটর ১০দগী ২০ ফাওবগী অরাপ্পদা উৎলিবা কুম্মৈদু লুমথরক্লবা অমুবা লৈচিলনা খঞ্জিনবদগী মতেক মতেক উখিদে। সমুদ্রা ঈমায়থক্তগী মিটর ৬,১০০ ৱাংবা হুংবুম চীংদোলদা পাঙথোক্লিবা চীংলেম্লবা থৌরম অসিদা নোংগী লৈচীলসু য়াওশীন্দুনা লৈতেং অমদুম ওইহল্লি। শুক্মৎয়াই পুবী মহৌশা ইমাগা চীংমীশিংগা য়াম্না নক্লরম্বা অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী ইন্টিগ্রিটিদা চৃশীন্নবগী মমি তারি। উখুল চীংদোল (মি ৬,২২০) অমসুং সিরোই চীঙ (মি. ৬,৯০০)দগী লাকপা চীঙমী মশেলদদি শুমহৎয়াই শিদ্ধ ইপান পাল্লমদবা য়াই। অদুবু তম্মীগী থম্মোয় খুদিংদা পীরিবা থুক লাওবা ঈথিল অসিনা চীংমী তম্মীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদা থোইদোকপা ঈনোৎ অমা পীরি। মহাকসু ইন্টেগ্রিটি মুভতা শরুক য়ারি। ইমা চীংলৈবাকসে মহৌশাগী খুদোল শেংখ্রে।

মথঙদা তম্পাক কুম্মৈ, থাঙ-তা অমসুং চৈগী থৌরম নোং মরক্তা পাঙথোকখি। মদু থোইদোক্লা থৱাই য়াওনা উৎখিবা অমদি হৈ-শিংবগী মমি শেংনা তাহনখি। হরাও তয়াম্বগী খুবাক খুবা অমসুং খোল্লাউনা পুমনিল নিলখি। কলচরেল সো লোইরদুনা ব্রিগেডিয়র সন্ধু অমসুং খুল্লাকপশিংনা নিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওবা, অমসুং রোয়েল কাউন্সিলগী ফম্মাইবশিংদা খুদোলপোৎ লানখি। নিংথৌনসু খুল্লাকপা তরেৎতা খামেনচৎপা খুদোল তৌখি। মহারাজগী চীফ এদভাইজর ডা. পি. খুমনখোম্বনা ইংলিসতা পিখিবা ৱারোল অদু মীয়ামদা ঈথিল অমা পীখি। "ঐখোয় ইপা ইপু অমত্তদগী হৌরকপনি, মদু ঐখোয়গী চৎনবী ইনাৎ অসিনা তাকই। চীংদা খৃষ্ট্যান, তমদা হিন্দু লাইনীং লাকখিবদগী মতম খরা লাৎনরুরবসু হৌজিক্তি ইপানাৎ ইপুনাৎ নৌহৌননা মখা শমথবগী ঈহৌ চথরিবা অসিনা তাকপদি ঐখোয়বু কায়নহনবা ঙম্লোই হায়বসিনি। নুংশিরবী ইমা মণিপুরগীদমক্তা ঐখোয়না অরিবা নাৎশিং অসি য়োকখৎকদবনি" মখল শুনা তিনখিবা মীয়াম্না খুবাক কুইনা খুদুনা হরাওবা উৎখি।

মহারাজ লৈশেম্বা সনাজাওবনা মফম মতম চারবা ৱাফম খরা থম্বীখি। তেল্লপ্পা পল্লবদা, "মীহৌরোলদগী খুন্দামিন্নরক্লবা চাদা নাউদা অমত্তগী ঈ ওইরিবা য়েক শলাই

পুম্নমক অহানবদা চীংদা খুন্দারম্মী। তম্পাক্তা মী তাবা য়ারবা মতমদা মনাও ওইবনা তম্পাক্তা কুমদুনা লৈখ্রে, ময়াম্বনা চীংদা লৈহৌই। তম্পাক লম খুন্দামিন্নরিবশিংগী মনুংদা য়েক শলাইগী লান কন্না থোকখি। লান্না মরম ওইদুনা চীংদা কাংবু অমনা অমুক কাখিবগী পুৱারী লৈখ্রে। সলাই খরনা উখ্রুলনচিংবা মফমদা অমুক হন্না খুন্দাখি। মীহৌরোলদগী খুন্দামিন্নরক্লবা ইচিন-ইনাও মরক্তা কায়ননবা শাফু কয়া লাকই। অমাং-অশেংগী চৎনবী অমদি বৃটিশ লৈঙাক্লোন্না দিবাইদ এণ্ড রুল তৌখিবদগী ঐখোয়গী মরক্তা থাপতোক্লরকপগী তাঙ্কক অমা লাকখি। ভারত্তা তিল্লবা মতমদসু অসিগুম্বা দিবাইদ এণ্ড রুলগী নুংশিৎ নুংশা লৈহল্লকপ্রা হায়বগী চিংনরি। মসি থিংমিন্নগদবনি। ইপানাৎ-ইপুনাৎকী লাইনিং লাইশোল অসি ৱাংখ্রবা থাক্লি। কলচরেল ট্রেদিসন অসি ঙাক শেনবা চুম্মী। চীংমী তম্মীগী মরক্তা ফাওনলোন অমা শেমগৎপা পাম্মী। মণিপুরি মলটিলেঙ্গুয়েজ স্কুলিং লিংখৎপা পামজে। অদুগা চীংমী তম্মীগী নুং পানগী মরী চেৎনবা নেসনেল ইন্টিগ্রেসন কাউন্সিল অমা লিংখৎপা পাম্মী। ইপা ইপু অমত্তগী চাদা-নাউদা ওইরিবা ঐখোয়গী ইরক্তা তোঙান তানবগী ৱাখল অমা পুথোরকপসি চুমদে। করিগীদমক ঐগী-ঐগী খন্নগদৌরিবনো ? ঐখোয় মশেল কায়ননবা শিনবা য়ারোইদবনি .....।"

মীশিং ৮,২০০মুক লৈবা খুল অসিগী শক্লাইবশিং অমসুং তিল্লিবা মীওই মখল মখল কয়াগী মাঙদা থর্মখ্রিবা ৱাফমসিগী কান্নবা লৈফম থোকই। তাঙলবা তাঞ্জা অসি ফংহনবগী নুংঙাইবা ফাওরিঙৈদা, কাঞ্জিপুর হায়স্কুল হুন্দুংগী মহৈরোই নুপীমচাশিংনা থৌরমগী অরোইবদা লাইশোল ঈশৈ শক্লুনা মহারাজ লৈশেম্বা সনাজাওববু শৈথাদুনা অমদি মহারাজনা পাল্লিঙৈদা নুংঙাই য়াইফনা হিংমিন্ননবা পিবিয়ু হায়না মপুদা নিখি। লোইশিল্লকপদা নেসনেল ইন্টিগ্রেসন কাউন্সিল অমা শেম্বগী ৱারেপ লৌবগা লোইননা তম্পাক্কী পেনানা লোইশিনবীয়ু হায়বদগী অহল ইবুংঙো কেলিনা পেনা মতেক অমা থৌগন্দুনা অনীশুবা সেসন লোইশিনখি।

*লোং কাকোম* হায়বদি খুল্লাকপা লুপতিন হায়বনি। খুল্লাকপশিং নুংশি চান্ননা লৌমিন্নবগী মরী শাগৎপনি। থায়নদগী পাঙথোরকপা হুংবুমগী লোং কাকোমদা মণিপুর মহারাজশিং স্না খোঙলেংলক্লুনা য়াইফ পাউজেল পীনরকপগী ৱারী শীংবুল লৈরি। অদুঙৈ নিংথৌ *জিংথানরোগী* কাকোমদা মহারাজ চুরাচান্দ, নিংথৌ *রুলোগী* কাকোমদা মহারাজ বোদ্ধচন্দ্র, নিংথৌ *হুংনাওয়ো জিমিক্কী* কাকোমদা মহারাজ ওকেন্দ্রো য়াওবীখি। ঈনিংথৌ লৈশেম্বা সনাজাওববু হুন্দক হুংবুম নিংথৌনা মণিপুরগী মহারাজ ওইনা লোয়েলটি পীদুনা কাকোম কাঙথোক্লি। স্না খোঙ্গুল য়েকপা নুং (3'x6') অমা খুলগী পাখৎশিংনা হোই লাওদুনা পুবক্লগা খুল্লাকপগী শুমাঙদা যুংখি। মদুদা ইরি : *"ৱান ওফ অৱার মিথোলোজি টেলস এজ অন্দর দি ইম্পরর ওফ মণিপুর, দি চীফ ওফ হুন্দুং এণ্ড চীফ ওফ থাঙ্গাল বোর্ন ওফ দি শেম ফোরফাদর ... হেন্স আর ব্রদর্স লেট নন দিবাইদ অজ"* মদুগী হেক য়েত্তা ওকেন্দ্র মহারাজগী স্না খোঙ্গুল, মদুগী য়েত্তা বোদ্ধচন্দ্র মহারাজগী, মদুগী য়েত্তা চুরাচান্দ মহারাজকী নুঙ খিন্দুনা নীংথিনা শেন্নরি। মসিগী মরীদা রোয়েল গাউন্সিল্লর মাইবম দোরেন্না মচং ওইবা ৱাহৈ খরা ফোঙদোকখিবদু পনবা যাই। *"চহি ২,০০০ হেন্না*

*লিরবা পিবারেলগী ইন্সটিট্যুসন অসি খুন্নাইগী থোক্লিবা থৌদোকশিংদা য়াম্না নক্কবা মরী লৈনরি, কল্লবা শাফুনা খুন্নাইদা পীরি, নাৎকী মপু অশেংবা ওইরি। লীক্লমচৎ অসি চীগুগী প্রজাশিংনা হেন্না য়ানিংনা চথরি। তশেংনমক ঙসি থোক্লরিবা খুন্নাইগী সমস্যাশিং অসি পিবারেল ইন্সটিট্যুসন্না ব্রাখৈবাঙমফম থোকই"।*

তাঞ্জুল মীয়াম্না ব্রাকৎপা খরা লৈ। মীতৈ ময়েক্লা ইরিবশিং অসি মখাদা রোমান ময়েক্লা হন্দোকপা পাম্মী। চীং তম থুংনা মীতৈ ময়েক চৎননবা খুল খুলগী মী খর খরদা থব্রাই য়াওনা তম্বীয়ু। অদুগা চুরাচান্দ মহারাজগী মোনুমেন্টতা চৈচৎ ইবিদবসি খরা ইবিয়ু হায়রকখি। হৌজিক জুরচান্দ হায়না ইরিবসি খরা ফজনা ইবিয়ু হায়বনচিংবা ব্রাকৎলকখি। পুন্সিসিদা কাওবা ঙমলোইদবদি, মতম ঙাইহাক শম্নরম্বা তাঞ্জুল পাখঙশিং, মরুপ-মপাঙশিংনা য়াম্না থব্রাই য়াওনা ঐখোয়দা লুপশিল্লকপা অদুনি। কায়নরমদাইগী ময়াম থোরক্লবসু নিংথৌগী গাড়ি থারিবা চীংমায় মদুদা লৈশা-পাখং পরেং অমা লেপ্পগা নুমিদাংব্রাইরম নিংথৌনা চৎপা হৌরবদা মখুৎ হায়রদুনা বিদাই পীহৌই। লৈবাক্কী অশেংবা হি-য়াই শেন্নসিরা নৎত্রগা শাশিন্নবা ওইদবা মনি লাত্তুনা লৈবাক কায়হনসিরা হায়বা অসিগী মনুংদা অমা খনবা তারবদি ইপানাৎ-ইপুনাৎ খোঙ্গুল লীবা নত্রগা লীদবদা লৈরে। ❑

## মণিপুরি লোনগী
# করেসপোণ্ডেন্স কোর্স

মণিপুরি লোন্না ইং ১৯৯২, আগষ্ট ২০ দগী সেড্যুল লোন ওইরকখিবদগী চাওখৎপগী লম্বীদা লাকফম থোকপদু ষ্টেট লৈঙাক্কী সগোল লল্লোনফমদা খুদি থীদুনা লৈরি। লাইরিক হৈর-হৈরবশিং এডুকেসন মন্ত্রি ওইখ্রে, মন্ত্রি ডোক্তরেট ফাওবা য়াওখ্রে। অদুবু লোন চাওখৎনবগী মরীদা লোনগী অখণ্ড অহৈশিং অমদি লূপশিংনা উন্নজগে হায়বফাওবদা য়াবীখিদবগী ব্রারীশিং নত্তনা অতৈ থল্লমদে। মীগীদি, কোনকানি অমসুং নেপালিগীদি মন্ত্রি অমমম লোনগী তোঙান্না হাপ্পদুনা য়াম্না খুমাঙ চাওশিন্নখ্রে। সেড্যুল লোন ওইহনবিয়ু হায়না পার্লিয়ামেন্টকী ফ্লোরদা ও! খোং-কপ্পা ঙম্বা এমপি লৈবা হায়বসি মজাতিগীদমক্তা থবক তৌবা ঙম্বা লুচিংবা অশেংবা লৈ হায়বনি। অদুগা অমরোমদা টিবেত্তো বর্মন কাঙলুপকী অমত্তা ঙাইরবা ঐখোয়গী লোনবু মমা অপোকপী শাদুনা চঙলকপা হিংচাবীনা নাউয়োকপা লমজা-শরাগা পাঞ্জক ওইরি।

মণিপুরি লোনগীদি লাক্ষ ৩০ হেনবনা ঙাঙবদা নত্তনা মশাগী তোপ তোপ্পা মগুণ কয়া লৈজরিবনি। মসিগী মথক্তা য়ুনাইটেড ষ্টেটসকী ডিপার্টমেন্ট ওফ

এডুকেসন্না মালেমগী ক্রিটিকেল লেংগ্বেজ ১৬৯ খনগৎপগী মনুংদা মণিপুরিসু অমা ওইরিবনি। য়ুএস, জাপান অমদি অতৈ য়ুরোপকী লৈবাকশিংনা মণিপুরি লোনবু থিজিল্লিবনি। লোনগী শাফু অসি অদুক্কী মতিক কল্লি হায়বসি জাতিবু খোমজীন তাশিনবগী থবক্তা শোয়দনা খঙডি। মসিগী মরমনা মণিপুরিগী মায়োক্তা লৈরিবা শক্তিশিংনা লোন অসিগী অচেংবা মখ্বাং তম্না শরাক তম্লকপা ঐখোয়না ঙসি তোয়না থেংনরি। লোন অসিনা চাওখৎপ্রবদি অপূনবগী লীপুন থোইনা হেন্না চেৎশিনগনি হায়বসি মণিপুরি এন্টাগোনিষ্টনা খঙডি। অদুবু মণিপুরি লোন চাওখৎনবা অমসুং পাকশন্না চৎননবা মতীক চাবা থৌশিল লৈতবা অমদি হেনগৎলক্লিবা মথৌ তাবদু ঐখোয়না পাঙথোকপা ঙমদবদগী মহয়দু ঙসি ফংলি।

হৌজিক তঙায়ফদনা তৌফম থোকপশিংগী মনুংদা লোনসিগী লৈরিবা থাক অসি হেনগৎনবগীদমক্তা ***ষ্টেটস প্লান্নিং*** তৌবা অমসুং পাক শন্না চৎনহন্নবগী মরীদা টেক্স বুক, দিক্সনারিনচিংবা মরাং কায়না পুথোক্নুনা ***কোর্পস প্লান্নিং*** তৌবা অসিনি। ব্রাফম অসিদা গবর্ণমেন্টকী মায়কৈদগী শুন্যনি। মসিদা নত্তনা গবর্ণমেন্ট স্কুলশিংদা ক্লাস ব্রানদগী টেন ফাওবদা তম্বীরিবা মণিপুরি সবজেক্টগী ওজাশিং মতীক চাদবা অমদি ট্রেন তৌদবা অসিনা মরম ওইদুনা মহয় য়ানবা মওংদা তাকপী তম্বীবা ঙমদ্রি। নীংবা কায়নিংঙাই ওইবদি, গবর্ণমেন্টকী থরেক্লবা মতৌ অসি লৈবদা নত্তনা মণিপুরি খুনাই অসিনা মরুওইনা মীতৈলোন্না মমালোন ওইবা মীতৈশিংনা হীরমসিদা কয়া পুক্লিং থিংজিন্দবা অসিনি। মীয়াম্না থৌরগা চৎপা গবর্ণমেন্ট অসিদি মমৈদা লৈথোকফম্বু লৈগদৌরি। লুরিবদি, মীয়ামগী খুনাই অসিনা মরু ওইহৌগদৌরি।

অদুনদি লোন ময়েক চাওখৎনবা হোৎনবদা তোঙান তোঙানবা থাক কয়াদা খুনাইগী মীৎনা লাওথোক্লা য়েংলগা কোয়থি থিবা তারক্লি। হীরমসিদা খোঙদারকখিবা লূপ অমত্তং পনবা তারবদি, মণিপুরি লোন পাক-শন্না শন্দোক্লবা অমসুং চাওখৎনবা হোৎনবদা ***মণিপুরি লেংগ্বেজ ডিবলপমেন্ট সোসাইটি, মণিপুর (মালাদেস)*** না হৌখিবা চহী খরা অসিগী মনুংদা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলকখিবা অমসুং হন্দক লূপ অসিনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা মণিপুরিগী করেসপোণ্ডন্স কোর্স হাং-দোক্লবা ভাইস চান্সেলরদা মেমোরেণ্ডম পীদুনা তকশিনখিবা অসি থোইদোক্লা পনবা য়াই।

মসিবু থবক ওন্থোরকপা মতমদা কান্নবা ফংগদৌরিবা মীওইশিং শম্না পল্লবদা, অব্রাং নোংপোক অমদি অতৈ ইণ্ডিয়াগী ষ্টেটশিংদা লৈখ্রবা মীতৈরোল ঙাঙবশিং; ম্যান্মার, বাংলাদেশনচিংবা ইণ্ডিয়াগী ব্রাংমদা তাম্না লৈখ্রবা মণিপুরি মচাশিং; নন-মণিপুরিশিংদা লুহোংখ্রবা মণিপুরি নীংঙোলশিংগী মচা-মশুশিং; মণিপুরদা থবক তৌবা

মীওইশিং, খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপশিং; গুৱাহাটি, মুসোরী, মণিপুরনচিংবদা লৈরিবা টিচিং সেন্টরশিং; য়ুমদা লৈনা লৈনা ডিগ্রি/ডিপ্লোমা তম্লিংবা মীওইশিং; কম্প্যুটর সাইন্টিস, টুরিষ্ট, ট্রান্সলেটর, ইর্ন্টপ্রিটর; মণিপুর-ম্যান্মার তাইনবদা লৈবা মীওইশিং অমসুং লল্লোন ইতিক তৌবশিং অসিনচিংবনি।

অদুগা হাংদোক্লবা দাবী তৌরিবা কোর্সনা মখল অহুম্নি। অহানবদা, মণিপুরি লিংগুইষ্টিকতা সার্টিফিকেট কোর্সনি। অনিশুবদা, মণিপুরি লিংগুইষ্টিকতা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ডিপ্লোমানি। অহুমশুবদা, মণিপুরি লেংগ্বেজ অমসুং লিটরেচরদা বিএ নংত্রগা, বি লিট কোর্সনি।

অহানবগী কোর্স অসিনা মণিপুর অমসুং অসামগী মণিপুরি মেডিয়ম স্কুলশিংদা ওজা ওইবশিংগী মফমদা মথৌ তাবশিং ফংহনবা ঙম্লগনি। অদুগা অনীশুবগী অসিনা, মণিপুর অমসুং অসামগী কলেজশিংদা মণিপুরি লেকচরর ওইনা ওজা ওইরিবশিংগী মফমদা কান্নবা ফংহনগনি। অহুমশুবগী অসিনা মণিপুর অমসুং অসামগী মণিপুরি সবজেক্ট তম্বীবা ওজাশিংদা নত্তনা কনাগুম্বনা য়ুমদা নংত্রগা মপান্দা লৈরগা মণিপুরিদা ডিগ্রি নংত্রগা মাষ্টরস ডিগ্রি তৌজনবগী খুদোংচাবা ফংগনি।

অসিগুম্বা ৱাফমসি ঐখোয়গীদা লুনা থোক্লবসু, ইণ্ডিয়াগী অতৈ ষ্টেটশিংদা তোঙান্না লোনগী ওইবা য়ুনিভর্সিটিশিং লিংখৎনখ্রবনি। কনাবা য়ুনিভর্সিটি, মলয়ালম য়ুনিভর্সিটি, তামিল য়ুনিভর্সিটি, হিন্দি য়ুনিভর্সিটি, সংস্কৃট য়ুনিভর্সিটি অসিনচিংবসি লোনগী য়ুনিভর্সিটি ঙাক্তনি। করিগুম্বা গবর্ণমেন্টনা মণিপুরি লোন চাওখৎনবা তশেংনা হোৎনবা পান্লবদি ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টকী হ্যুমেন রিছোর্স ডিবলপমেন্ট মিনিষ্ট্রিদগী লোনগী ওইবা তোঙান তোঙানবা প্রোজেক্ট কয়া লৌথদুনা হোৎনবা য়াই। অদুগা অতৈ ষ্টেটশিংদা তৌনবগুম্না লোনগী ওইবা তোঙানবা য়ুনিভর্সিটি অমা থম্বা য়াই। মসিদা নত্তনা য়ুনিভর্সিটি থাক্কী টেক্সবুকশিং ফংহন্নবা ঐচআরডি মিনিষ্ট্রিনা **'সিদ মনি'** হায়দুনা থৌরাং তৌরিবসি মণিপুর গবর্ণমেন্টনা করিমত্তা পায়খৎপিদনা লৈরি।

মতাং অসিদা ***মালাদেস*** না অচেৎপা ফিরেপকা লোয়ননা থবক পায়খৎনবা মরী লৈনবশিংদা আপিল তৌরিবদি, ঐখোয়না মণিপুরি লোন চাওখৎহনবা পান্লিবসি ওফিসিয়েল লেংগ্বেজ ওইনখক্তুং নত্তে। মসি সেড্যুল লোন অমা ওইনা, মীয়াম্না পাম্নরবা লিটরেচরগী লোন অমসুং মালেমগী থাক্তা লৈবা কলচরগী লোন অমা ওইনা চাওখৎহনবা পাম্মী হায়বসিনি। অসিগুম্বা লোনগী খুদোংচাবশিং অসি এময়ুদা ফংহনগদবনি অসিনি।

লাইবকথিবদি, মহৈ তম্বগী অৱাংবা থাক্তা তন্নিবা মশীং য়ামজদ্রবা মণিপুরি ঙাঙবা মহৈরোয়শিংনা মণিপুরিদা পরিক্ষাগী পাউখুম পীজবগী অমসুং মণিপুরিদা মহৈ তমজবগী হক অদু ফংহন্দনা লৈরি। অসিগুম্বা ষ্টেট লৈঙাক অমসুং মীয়াম্না উৎলিবা থৌশাদবগী থৌওং অসিদগী মণিপুরি লোন অমদি কলচর চাওখৎহনবগী লম্বীদা অপাম্বা মহয় ফংগদবা লৈত্রে হায়নরি। মরুওইনা ঙসিগী সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজীগী তাঞ্জা অসিদদি মীগী মীরোল তম্বগী মহুত্তা ঐখোয়গী মীয়াম্না জ্ঞান লৌশিং নীংথিনা ফংবদুনি। ইংলিসকী খুখাঙদা লৌশিং তানবা অদুবুদি ফৈ অদুবু চাদা ৮০ দি ঐখোয়গী মহৈরোয়শিংনা ইংলিস শোনবা মরমনা হায়রিবা লৌশিং জ্ঞান অসি ইংলিসতা খুদি থীজন্নবগী মরম ওই। মসিদা লাক্লিবা ৱাহংদি, ষ্টেট অসিদা থোক্লিবা মহৈ-মশিং তম্বগী মাঙ তাকপগী থৌওংসিদগী করম্বা উপায় থিরগা কনগদগে হায়বসিনি।

মহৈ তম্বগী হীরমদদি ঐখোয়না পায়খৎকদবা ময়াম অমা লৈরি। য়ুজিসি, আইসিএসএসআর, ঐচআরডি মিনিষ্ট্রি জিওআইনচিংবা ফণ্ডিং এজেন্সিশিংদগী অতৈ মরী লৈনবা লাইরিকশিং ফংহনবগী থবক কয়া তৌগদবা লৈরি। মসিগা লোয়ননা, অকক্নবা লোনগী থৌশিল অমগীদমক খঙ-হৈরবা ওজাশিংগী মখাদা লমদমসিগী লৈরিবা লোনশিং মরুওইনা ষ্টেটকী ফাওনলোন ওইরিবা মরুওইবা লোন অসি চাওখৎহন্নবগীদমক্তা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনা সেন্টর নৎত্রগা ইনষ্টিট্যুট লৈহনবা মথৌ তারি। সেন্ড্র্যল লোন অসি রিজনেল লেংগ্বেজগী থাক্তা তরং তরংনা চাওখৎনবা তুংকোইবা থৌশিল অমগী মখাদা হোৎনবা অমসুং লাইরিক্কী পোথোক মতীক চানা পুথোক্নুনা লোনগী পুক্কে ইনাক খুলহনবগী থবক অসি এময়ুগী মাঙদা তারিবা ৱাফমনি। ইমালোন্না মহৈ তম্বগী খোঙথাংদা এডুকেসনগী থৌদাং অসি নোংমা নোংমগী চাউরকপনা ইণ্ডিয়াদা লৈরিবা সেড্র্যাল লোনশিং অসি মালেমগী থাক্তা ফগৎহন্নবা ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা লেংগ্বেজ য়ুনিভর্সিটিশিং লিংখত্তুনা চঙশিনবা হৌখ্রবা মতমসিদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনা লৌগদবা থৌদাং য়াম্না চাউরক্লি। শম্না হায়রবদা, মণিপুরি লোন চাওখৎহনবা হায়বসি ষ্টেট অসিগী অফবা তুং লমচৎ পুরকপগী মমল নাইদ্রবা খুদোল তম্বা অমনি। এডুকেসনগী হীরমদা খ্বাইদগী মথৌ তারিবা থৌওং অসি মীয়াম হুপ্না শরুক য়াহন্নিংবগী ৱাখল পোকহনবা ঙম্বদি য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা থবক তৌরকপসিনি। মতমসিগী শাফু কল্লবা শীঙনবা অসিবু মায়োক্লনবা হন্দক্কী তাঞ্জা অসিদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনা মাঙজীল থংনা চোংথোরক্কনি হায়না লোন অসিবু চাওখৎনবা হোৎনরিবা লূপশিংনা অমসুং মীয়াম্না আশা তৌরি । ❑

## ২১শুবা চহীচাদা

# ধর্মগী মফম - (৩)

কার্ল জাজর্পজ কৌবা জমর্ন ফিলোসোফর অমনা ইং ১৯৫০ গী অদুৱাইদা মাগী লাইরিক *'দি ওরিজিন গোল ওফ হিষ্টরি'* হায়বদুদা অচুম্ববু নৈনবগী থৌওংদা মেটাফিজিকেল সিষ্টেম নৌনা পুথোকপগী অসিগুম্বা ফেনোমেননগী ৱাহন্থোক লৈবশিং অসিগী মরমদা ইরম্মী। মহাক্না বি সি ই ৮০০ দগী ২০০ ফাওববু একজায়েল পেরোদ হায়বা কৌরম্মী। মরমদি মীওইবনা হৌজিক লৈরিবা থাক অসিদা মদুনা নমদুনা লৈহনখিবনি অমদি মতম অসিদগী হৌনা য়েন্নীং হনখিবনি অসিনি।

মরম অদুনা ঙসিদি ঐখোয় খরবু এসিয়া, য়ুরোপকী কলচর মনুংদা পোকপীরি, নাউয়োকপীরি অমদি একজায়েল পেরোদকী মতমদা শাগৎলকখিবা কন্সায়সনেসকী কায়াৎ অদু ঙসি ঐখোয়না পুথরিবনি। অদুবু কন্সায়সনেসকী কায়াৎ (ষ্ট্রকচর) মনুংদা একজায়েল পেরোদকী মমাঙদা লৈখিবা কন্সায়সনেসকী ইনফোর্মেসন লৈম্ব্রি, য়েল্লৌঙৈগী য়াম্না লিরবা লাইনীং লীচৎ লৈম্ব্রি। মদুবু প্রি-একজায়েল কন্সায়সনেস হায়না খঙনরি। মতমদুগী ত্রাইবেল কলচরগী কন্সায়সনেস অদু তেংবানবগী খোঙচৎকা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মচল অমা ওইখ্রবনি অমসুং ঙসিদি মদু মহৌশা খুৎশেমগী লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা খোঙচৎকী মনুংদা তিনখ্রবনি, মচল অমা ওইখ্রবনি।

মীহৌরোলগী মীওইশিং অমসুং মহৌশাগী খুৎশেমগী তাইবংগা অনী অসিগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদনা ইনাকখুল্লবা মরি অমসুং ক্রিয়েতিভ হারমোনি অমখক্তী মরা তানা লৈখ্রবনি। মরম অদুনা হারমোনি অসিমক থায়নগী ৱারি শীঙবুন্দা অমদি ধর্মগী লাইশোন-তীনশোন্দা তিনশীন্নখ্রবনি। হৌজিকসু অদুগুম্বা মখলগী লাইনীং লীচৎ খরদি ধর্মনি খন্না হিংবা থেংনরি, অরাপ্পদা-অনকপদা।

অমরোমদা কার্ল জাজপর্জকী লাইরিক্তা য়াওরিবা অসিগুম্না একজায়েল পেরোদনা পীরিবসি কন্সায়সনেসকী অনৌবা রেদিকেল ফোর্মনি, রিবোলুস্নরিনি হায়বসি ময়েক শেংলে। অদুননি য়েল্লৌঙৈগী মীওইবগী পুন্সি অসিদি ত্রাইবেলিজম্নি, হায়বদি প্রি-একজায়েল পেরোদ কন্সায়সনেসনি, অফ-ফত্ত হায়বদুনা তোঙানবা ৱাফম্নি হায়রিবা। অদুবু মসিদা নীংশিংবা য়াবদি, একজায়েল কন্সায়সনেস অসি রিবোলুস্নরি ওইজরবসু ইন্দিভিদুয়েল ওরিয়েন্তেদনি, মী মশা মশাগী ওইবনি। *'নশানা নশাবু খঙজৌ'* হায়বসি গ্রীক্কী চেকশীন-ৱাহৈ ওইদুনা লাকখিবনি। উপনিষদশিংনসু থৱায়/আত্মা হায়রিবা ঈশা-ঈশাগী থমোয় লকানুংদা লৈরিবা মীওইবগী জ্ঞানগী ৱাংমদা লৈরিবা পোৎশক অসিবু মশক লেপথোকপা

হৌরকখিবনি। বুদ্ধনা মীওইবগী মঙাল ফংনবগী মতাঙদা ভাবনা শাবা লাইরৈবাক্কী খুবামনুংদা লৈহনবা নত্তবা, রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মওংদা, তাইবং মীওইবনা খুৎমক্তা লাম্বা ফংবা মফমগী পুন্সিগী নিতি চৎপতনা অরান-খুভম তশেংনা ফংবা ঙন্মী হায়বসি তশেঙনা উৎপা ঙমখিবনি। মসিমক মতমদুগী ওইবা অমসুং তুংকোইনগী ওইনা মায়পাকপা অমনি। জিয়ুগী প্রোফেটশিংনা মীওইববু অচুম-অরানগী দায়ত্ব লৌবা ঙম্নবগী লম্বী তাকখি। অসুম্না মহৌশাগী খুৎশেম অমসুং ত্রাইবেলিজমদগী খেন্নবা অসিগুম্বা ইন্দভিদুয়েল আইদেন্তিটিগী ৱাখল্লোন অসিনা একজায়েল কন্সায়সনেসকী মহৌশাগী ওইবা থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ উৎপা খুদম পীরি।

বি সি ই গী অহানবা মিলেনিয়মদগী ২১ শুবা চহীচাগী মমাঙ ফাওবা ঐখোয়গী মীৎয়েং হোংদোকপা তৌদনা থম্বা তারবসু হৌজিক ঐখোয়না শীজিন্নরিবা কন্সায়সনেস অসিবুদি পুমহোং হোংদোকহনখিনবা শক্লোন অমাঐখোয়না য়াম্না শেংনা উবা ঙমহৌরি। মতৌ অসুম্না ঙসি ২১ শুবা চহীচাদা মগুণ লৈনা হোংখ্রিবা ওনখ্রিবা অসিবু অনীশুবা একজায়েল পেরোদনি হায়না ফিলোসোফরশিংনা দাবী তৌরি। ঙসিমক থোক্লিবা অহোংবশিং অসি অদুঙৈ ইহান-হানবগী অদুগুম্না পৃথীবীগী অকোয়বদা থোক্লিবা অহোবশিংনি, অদুঙৈ মতৌগুম্না মতম অমত্তদা পুল্লপ ওইনা থোক্লরি অমদি, অহানবগী অদুগুম্না তুংগী চহীচাশিংগী ওইনা কন্সায়সনেসকী অরেপ্পা পনখৈ অমগী শম্নফম অমা য়াত্তুনা ঙসিদি থল্লম্বা তারি। মসিগা লোয়ননা, অহানবা একজায়েল পেরোদতা শেমগৎ-শাগৎখিবা মালেমগী ধর্মশিং অসি য়াম্না চাউনা ৱাহম্থোক লৈবরোমদা লাকহনবা তাই মরমদি, মদু লৈরমদ্রবদি ঙসিগী সিবিলাইজেসন অসুম্না ওইরম্লোই। অদুম ওইনমক, ঙসিগী অনীশুবা কন্সায়সনেসকী অনৌবা মওং অসিদি অহানবা একজায়েল পেরেদতগীদি খেন্নরগনি। মতম অদুগী থৌওংনা মী মীগী ওইবা ইন্দিভিদুয়েল ওরিয়েন্তেদ কন্সায়সনেসনি, ঙসিগীনা মালেমগী ওইবনি, গ্লোবেল কন্সায়সনেসনি।

থোইদোক্লা পনবা য়াবদি, ২১ শুবা চহীচাগী কন্সায়সনেস অসিদি মরম অনীমক্তা গ্লোবেল ওইগনি হায়না মোত পীনরকপা অসিনি। মদুদি ঃ (১) মসি হোরাইজন্তেল পর্স্পেক্তিভ ওইগনি হায়বদি কলচর অমসুং ধর্মনা মালেমগী লৈমায়দা উন্নগদবা খোঙচৎ অমনি। খেন্নবা মচলশিংনা মপুম ওইনা শাগত্তুনা অমগা অমগা মরি লৈনহনবা হায়বদি, কমপ্লেক্সিফাইদ ওইবা অপূনবগী কন্সায়সনেস অসিবু পুদুনা চৎকদবা য়াম্না হৈ-শিংনা তেমশীংনবা ক্রিয়েতিভ এনকাউন্তর কয়ামুক্কী থোঙ্গাল লাম্থোক্তুনা চৎপগী খোঙচৎনি। (২)শুব পান্দমসিদি ভর্টিকেল পর্স্পেক্তিভতগী য়েংবা কন্সায়সনেসনি। তুংগী চাওখৎপা, য়াইফবা পান্দমগীদমক্তা অশোয়-অঙাম লৈতবা অমসুং ফিভম চেৎপা য়ুম্ফম অমা শেম-শারগা পীরম্নবা মীওইবা কাঙলুপ্না পৃথীবীগী লৈরোন্নুংদা উপাল-ৱাপালশিংগী মরূ মরাগা লোইননা মখোয়গা পূন্না মরা তামিন্নবগী খোঙথাঙনি।

অনৌবা গ্লোবেল কন্সায়সনেস অসিদি মালেম অসি ঈঙ-চীক্লা নুংশিনা হিংমিন্নবা অমসুং নমথবীরবা, তুহৎপীরবা থৱায় পানবশিংবু, মীওইবা খুনাইবু চিংখৎপীদুনা মান্নবা থাক্তা লৈহনবা, অচুম্ববু ফংহন্নবগীদমক্তা কায়াৎ কয়ামুক্লা য়োমশীল্লবা মতুংদা খুৎশেমগী য়াওদবা মহৌশাগী ওইবা থৌওংদা ইকোলোজিবু হকথেংননা শৌগৎপা থৌশিলনি। অনীশুবাএকজায়েল পেরোদতদি অসিগুম্বা মমায় অনী লোঙবা গ্লোবেল কন্সায়সনেস অসি ২১ শুবা চহীচাগী মগুণ হেনগৎহন্নবা ফীভম শেম্বনি। তশেংনমক প্রেরেম্না থল্লবা মালেম অসি হিংহনসি হায়রবদি মসি খ্বাইদগী তৌদ-য়াদ্রবা অমনি।

মরম অদুনা, অসিগুম্বা গ্লোবেল কন্সায়সনেস অমা পীবগী মথৌ তাবা লাকপসিদা, ঙসিগী ২১শুবা চহীচাগী গ্লোবেলাইজিং সেঞ্চুরিগী ধর্ম অমসুং স্পিরিচুয়েলিতি অসিনা হান্না লৈরম্বা ফীভমদগী ঙসি হয়েংনা হেন্না হ্যুমেনিষ্টিক, রিয়েলিষ্টিক হেন্না ওইবা তারকই অদুগা, লাইগী শক্তিশিংদা আপিল তৌবগী ৱাফম অসি মতুংদদি পংলৈ-লৈরক্লোইদৌরি। মরমদি *ফ্লেট আর্থর* (মালেম ফম্বাক্লি, মতুম তাবা নত্তে হায়না থাজবা) শিংগী মফম একজায়েল পেরোদতা হান্না পীরমদ্রবা, লৈখিদ্রবা অসিগুম্না লাই-তীন্দা পঙনা পঙথা-থাজবা অসি অনীশুবা একজায়েল পেরোদকী মনুংদা কন্সায়সনেসকী খ্বাইদগী চাউনা হোংবা অসিনা য়ারক্রবা মরম্না, অমসুং ফীভম মতমগী মখা পোল্লকপা মরম্না ধর্ম খরদি মালেমনা কায়নবা তারকপা নৎত্রগা অপুনবা য়ুনাইতেদ নেসন্সগুম্না *য়ুনাইতেদ রিলিজন* অমা লৈবা তারকপা অসিনচিংবা ৱাফম ময়াম্না ঙসিগী চহীচাগী ৱাহং অমসুং পাউখুম ওইরক্লি। অদুবু লাই-তীন্দা আপিল তৌবা ধর্ম নৎত্রগা ধর্মগী কায়াৎ/ষ্ট্রকচর অমা মালেমদগী কায়নবা তারবসু, মসিনা ঐখোয়গী অরান খুভম ফংবগী, ভক্তিগী অমসুং অঙকপগী মশক ওইবশিং অসিবু থিজিনবগী অমদি ঈকায় খুম্নবগী ৱাখল-মীৎয়েং অসি পুম্মাঙ মাঙত্রগনি হায়বদি নত্তে। মসিগী লীক্লমচৎ অসিদি ঐখোয়গী তেংবানবগী ঙমখৈ লৈতনা পাকচাউবগী মওং অমসুং খেন্নবা শক্তম অসি উরুবা, খঙলুবা মতমদা ফাওহল্লিবা পূক্লিংগী ঈথিলনা পীবা ঈথক-ঈপোমগী শরুক অমনি। মসিদি থোইনা হেন্নদুম লৈরক্কনি। লৈজসনু। মালেমগী শক্তি ৱাংমদা লৈখ্রিবা মহৌশাগী শক্তি ৱাংমগী ওইবা *সুপরনেচরেল পৱারগা* মতম শাংনা তোৎন-তিন্নদুনা লাকখ্রবা পুন্সিগী অঙকপশিং অসিবুদি কলচরনা অচৌবা থৌদাং লৌবগুম্না, অমুক মখা তানা মহৌশাগী শক্তমগা লোয়ননা লৈমিন্নখিসনু। মসি তশেংবদি মহৌশাগী খুৎশেম্নি, মদুনা চহী কয়া চঙনা প্লানেট অসিদা পুন্সি পুরকখিবনি অমসুং ঐখোয়বু মদুগীদমক ৱাখল মুন্না খলহনবা অমদি অঙকপগা লোয়ননা শীংথাহল্লিবা অদুগুম্না থৱায় পানবা অমা ওইহনখিবনি।

অঙকপা ফংলবা তেংবানবা অসিদা হিংদুনা ঐখোয়না লৈনবগী অমসুং মালেমসিদা হংবগী পুন্সিবু য়োকখৎনবগী অমদি ঙাক্তুনা থম্নবগীদমক্তা দায়ত্ব অদু ঐখোয়না য়াদুনা লৌরকপা মরম্না থায়নগী ধর্মগা শাগোন্নদুনা হিংমিননবগী পূক্লিংগী ঈথিল অসি মাঙহন্দনা মদুবু য়োক্তুনা থম্নবগী মফমদি অদুমক লৈখিগনি। তৌবদবু অপঙ থাজগা কায়নরবা মতুঙদা থায়নগী ধর্মনা কলচরগুম্না ঈকায়খুম্নবগী থাক্তা হিংহনবগী দায়ত্ব ঐখোয়না লৌবগুম্না থায়নগী ধর্ম অয়াম্বনা তৌরমখিদ্রিবা মালেম্বু কনবগী থবক অসিদা ওইজবা থিদনা হেন্না কখোকপগা লোয়ননা ঐখোয়না তৌবা থোইদোক্না মথৌ তারকই। ইকোসফিয়র হায়বদি থৱায় পানবা অমসুং সাইন্সকী মরীদা হেন্না খঙনবা হোৎনবা, নৈনবা অসিনা গ্লোবেলাইজেসন সেঞ্চুরিগী ঈশ্বর ওল্লকখিবা, মদুগুম্বা মফমদুদা অনীশুবা একজায়েল পেরোদকী অহিংবা ঐখোয়না চৎলিবা, হিংলিবা অমসুং মদুগী ভেল্যু/মমল অমা ওইরিবা থিবিক অসি ঙসিগী ২১শুবা চহীচাগী ফেনোমেনন ওইরক্লিবনি।

তশেংনমক ঈমা মালেমগীদমক চেকশীঞ্জবা অমসুং মদুগা মরি লৈননা তৌফম থোকপা তৌজবা অসিনা ঈপা-তেংবানবা/য়ুনির্ভসপু ঈকায়খুম্নবগী ঈথৌদাং উৎনবগীদমক্তা থায়নদগী লৈরক্লবা ধর্মগী ঈহৌ অসিবু শিন্দোকপগী মতম ওইরকপসিদা, ২১শুবা চহীচা অসি মীওইবা জাতিগী তুংলমচৎকীদমক্তা চাউরবা চাংয়েংগী মতম অমা ওইহল্লক্লি। ঐখোয়না খুসি-রাসি তৌদুনা মোৎশীলহল্লিবা, মালেমগী পোৎচাকশিং তেংনা শীজিন্নথোক্লিবা অমসুং পুন্সিদা মাঙ-তাক্লিংঙাই ওইহল্লিবা থিবিক অসি লেপহন্নবগীদমক্তা ঐখোয় মীওইবনা খোমজিনবা ঙম্লিবা কলেক্তিভ ৱিল/অপূনবগী চপয়ুংনা নীংবা ময়ামগী ফিরেপ অসিনা থিংনবা হোৎনগদবনি; অমসুং ইকোস্ফিয়রগী হীরমদা হারমোনিবু য়োকখৎপা, পুন্সিবু ঙাক শেনবা, মালেমবু হিংহন্নবা হোৎনবদা ঐখোয়গী অপূনবা পাঙ্গল অসিবু ২১ শুবা চহীচাগী পান্দম ফংনবা উপাই অমা ওন্থোক্কদবনি হায়বসিনি। শীংনবা অসিবু মায়োক্ল বা ঙম্বা স্পিরিচুয়েলিতি অদুমক্লা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী খ্বাইদগী ৱাংবা চাংদা খোঞ্জেল থোকপদি হৌখিবা কুইরবনি। মদুগী খোঞ্জেল থোক্লিবা, তারিবা লমদমদুগী পুন্সি মহিং, হিংবগী থাক অমদি সিবিলাইজেসন্না তাক্লসনু। মালেম অসিবু অমদি মহাক্লা শাগোন্নরিবা পুন্সি, পূম্নমকপু মাঙ-তাকপা, খুদোংথীবদগী কনবা হায়বসি মীওই খরগী নৎত্রগা লৈবাক খরগীদমক্তা নত্তে, পূম্নমক্কী কান্ননবগীদমক্তনি। হৌজিক হিংলিবা ঐখোয় খরা অসিগীদমক্তা নত্তে। মরু ওইনা, তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোলশিংগীদমক্তনি, তুংগী লাক্কদৌরিবা চহীচা অসিগী ধর্মদি অতোপ্পগী য়াইফনবগীদমক্তা খ্বাইদগী ৱাংবা চাংদা

থবক তৌবগী নিতি অদু ওইগনি নৎত্রবদি, মহৌশাগী খুৎশেমগী কায়ফদ্রবা নিয়ম্ভু মচিং-মশোল নাইনা য়ৈখায় থিনগায়রিবা অমদি টেরোরিজম হায়বা মালেমগী থৱায় পানবশিংবু পুল্লপ্পা শীঙনরিবা অনৌবা ধর্ম অসিগী চঙজফম ফংলবা মথঙগী মতম অনীশুবা একজায়েল পেরোদ অসি মীওইবা কৌবা সিবিলাইজেসনগী খ্বাইদগী ইকোন-কোনবা চহীচা ওইরগনি হায়বসি অখঙ-অহৈ পুম্নমক্না য়ানরবা ৱাফম্নি। মরম অসিনা ঐখোয়গী প্রোব্লেম্না থল্লবা মালেমসি হিংহনসি অমদি ঐখোয়সু হিংসি হায়রবদি ২১ শুবা চহীচানা তাল্লিবা দাবী অসি মনীং থুংহনবা তাই। মী মশাগী য়াইফনবগী মথক্তা মশাগী খুনাই, লমদমদুগী লৈঙাক ৱায়েল, নমথ-লাংনা পুল্লিবা কোঙ্গোয় য়াম্ভত্তুনা শুদৎপীরবা মীয়াম্ভু মনীঙ-মখা তমজবগী থাক্তা লৈহনবগী ৱাখল মীৎয়েং, সিবিলাইজেসনগী অৱাংবা থাক পীবদা নত্তনা তাইবংপানবা পূম্নমক্কী য়াইফনবগী মশক ওইবা পুন্সিকী অশেঙবা মশক ওইবা রিয়েলিতিগী মশক তশেংনা পীবা ঙন্বা অদুগুম্বা ধর্মগী মফমদি ২১ শুবা চহীচাগী ফোঙ-ফোঙ শারবা তম্পাক্না কোনগদবগী ঙাইদুনা লৈরক্লিবনি। ❑

# মরিশুবা পন্দুপ

## মণিপুর ইন্টেগ্রিটি ডে

মণিপুরগী মীয়াম্না য়াম্না লুনা লৌজবসি টেরিটোরিয়েল ইন্টেগ্রিটিনি। হীরমসিদা করিগুম্বা অমত্তংগা মন্তিক্লবা তৌরোই হায়বসি মীয়ামগী ফিরেপনি। হৌখিবা খোঙথাং কয়া অশোয় অঙাম লৈখ্রবসু, হৌজিক্তি মণিপুর ষ্টেটকী মতীক লৈবা নৎত্রগা লৈতবা হায়বসি ষ্টেটসিগী মীয়ামগী মতীক চাবা নৎত্রগা চাদবগী মখা পোন্না ওইরক্কদৌরি। মসিমক মণিপুরি জাতিগী অৱাঙবা থাক্কী সিবিলাইজেসন্না পীরকপা খুদোলনি। স্ত্রিমলাইনগী থৌদৌ অসিমক্কা মণিপুরি মীয়াম পূম্বগী খোয়দৌ ফাথদুনা তুংগী লম্বী পীরিবনি। মতাঙ অসিদা থোইদোক্না পনবা য়াবদি, খুন্নাইগী লূপশিংনা ইন্টেগ্রিটিগী থৌরমশিং পাঙথোক্লরকপা অসিনি। থৌওং অসিবু শীঙথাবা তারবদি গবর্ণমেন্টনা ফাওবা থওইদবা ঙস্লক্তবগী ফীভমদা লৈরক্লি। ইং ১৯৯৭ আগষ্ট ৪ দা মণিপুরগী ইন্টেগ্রিটি কায়বা য়ারোই হায়বা মীয়ামগী অচৌবা খোঙচৎ অমা অমুকোনা শীন্দুনা চৎখিবা অদুদগী হৌরগা অসিগুম্বা খোঙচৎ অসি ঙসি ফাওবা চত্থদুনা লাক্লি। হন্দকসু ৮ লক শুবা মণিপুর ইন্টেগ্রিটি ডে পাঙথেক্লেবা হোৎনরি।

অসিগুম্বা থৌরম অসি য়াম্না ৱাহন্থোক লৈরক্লি। মসিগী মরমদি, মণিপুরগী অপুনবগী শক্তমবু অপাননা শীঙনবা থেসিস লাকখিবা অমসুং মদুবু রিয়েলাইজ তৌনবা মীশক মীওইশিং ফোংনা থোরক্লিবা অসিননি। মখোয়গী প্রোপেগণ্ডা অমসুং রিয়েলাইজেসন কেম্পেইন অসুক্কী মতীক কর্নশিল্লক্লি । মখোয়গী মঙলান অসিবু মীশিং য়াম্বা কাঙলুপনা থোইদোক্না থাজবা ঙমদ্রবসু মখোয়দি শোয়দনা মায়পাক্লগনি হায়বগী ৱাখল মীৎয়েংদা চত্থরি অমদি মায়পাক্লবা হোৎনরি। মণিপুরগী নাগা তাবা লমশিং পূনশীন্নরগা এডমিনিষ্ট্রেটিব য়ুনিট শেমদুনা নাগালিমদা তিনবনা খুদোংচাবা হেনগনি হায়বগী ৱাখল অসিগা লোয়ননা য়াম্না কন্না হোৎনরক্লি। মসিগী মথক্তা আইজাক মুইভাগী এনএসসিএনন কন্না শৌগৎলি। হন্দক্কী সিজ ফায়র শাংদোকপদা মুইভানা মণিপুরগী ফীভম অসিদা শাওবদগী থা ৬ খক শাংদোকপা অসিনা আইএমগী অমব্রেল্লা ওর্গেনাইজেসনশিংদা মৈথৌ হাপ্লি। মসিমক অরায়বা নত্তে। মখোয়দি চুম্মী হায়দুনা তৌরিবনি। হৌজিকমক্কী ওইরক্লিবা উংখৎনবগী ফীভম অসি হৌখিবা চহী ৭/৮ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংলবনি। মসিদগী হেনগৎলকপা তাবদা করি ওইরক্কনি তম্বা ঙমদে। তৌবদবু ফীভম অসিগী মরূ লৈ, ঈহৌরকফম মরূ লৈ। মফমদুদগী ঈচেল অসি পীরকপনি হায়বসি ঐখোয়না কাউফম থোক্তে। মরম অসিনা ঙসিগী কল্লে হায়রিবা এন্টি মণিপুর ঈহৌ অসিদগী হেন্না হেন্না তুংগী লাক্কদবা মতমগী ঈহৌ অকনবা লাকখিগনি অমসুং মদুবু মায়পাক্লা মায়োক্লবা

ঙম্নবা ঐখোয়না হোৎনবা তাই। থৌনা লিংজেল য়োকখত্তুনা শেম শাবা তাই হায়বসি ঐখোয়না কৈদৌনুংদা কাউফম থোক্তে। মরম অসিননি, ঙসিগী অমুকোনা পাঙথোক্লিবা ইন্টিগ্রিটি ডেগী ৱাহন্থোক থোইদোক্লা লৈরক্লিবা অমদি মীয়ামনা মসিদা শৌগৎনরক্লিবা।

হীরম অসিদা খ্বাইদগী নুংনাঙনীংঙাই ওইরিবদি, নাগা তাবা লমশিং পূনশিল্লগা এডমিনিষ্ট্রেটিব য়ুনিট শেম্নগী ৱাফম অসি মপান্থোংদদি ময়োল লৈঙাক্লা য়াদে হায়রবসু মসিবু শৌগৎপা মীওইশিং ইণ্ডিয়াদা মরাঙ কায়না লৈ হায়বা অসিমদি য়াম্না ময়েক শেংলে। মেডিয়াগী থোঙদা নাগা ঈহৌবু মীনুংশি পোকপগা লোয়ননা মফম পীনিংবগী ৱাফম ইবশিং নেসনেল অমসুং রিজনেল পেপরশিংদা থেংনরি। ***'নোর্থ ইষ্ট সন'*** গী ইকজিক্যুটিব এডিটর (পোলিটিকেল) দিপক দিৱাননা নাগা ইশ্যু অসি শৌগৎপগুম্বগী মোত ফোংনা পীরি।

হৌখিবা চয়োলদা ওল ইণ্ডিয়া রেডিওগী স্পোটলাইটকী নৈনবা অমদা দিপক দিৱাননা অৱাং নোংপোক্তা নাগাশিং পুনশিন্না লৈমিন্নবগী দাবী অসি নমশীন্দুনা থম্বা য়াররোইদবা অমসুং মসিনা নেসনেল ইশ্যু ওইহল্লগনি হায়না নাগা দাবী অসিবু ফোংনা শৌগৎপগী ৱাফম ফোঙদোকখি। মসিদা নত্তুনা, ইণ্ডিয়ান পোলিটিক্সকী মফম খরদা নাগাগী দাবী অসিবু শৌগৎপগী থবক তৌই হায়বগী থাজবা লৈ। মসিগী খুদমদি, নাগাশিং পূনশীনবগী দাবী অসি লমদমদুগী খুন্দারিবা মীওইশিং য়াশীন্নদুনা পোলিটিকেল প্রোসেস অমা ওইনা চখদুনা মায়পাকহনগদবনি হায়বসি ইণ্ডিয়াগী লুচিংবশিংনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অমনি। অমরোমদসু বৃটিশ লোইলম লৈঙাক্লা চথরম্বা অদুমক ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লা লীক্লম পুথরকপা মরম্না **'দিবাইদ এণ্ড রুলগী পোলিসি'** অদুমক মখা তানা পুথরকপগী মমি তারি। ফনা হায়রবসু, ইণ্ডিয়াগী ইন্টেলেকচুয়েল অমদি পোলিটিসিয়ানশিংদা অৱাং নোংপোক্কী থাক মান্নবা মীৎয়েং লৈবা উদে। নোর্থ ইষ্ট কাউন্সিলগী মিংদা খুদোংচাবা লৌবা, ট্রাইবেল ডিবলপমেন্ট পোলিসিগী মিংদা মেজোরিটি পিপলশিংগী কোকথক্তা অৱা-পোৎলুম থোঙ্গৎহনবা অসিনচিংবা থোকহন্দুনা দিবাইদ এণ্ড রুলগী থৌওংদি অদুমক চখরি।

ঙসিমক ***অন্সম, এনএসএফ***না তমথীরবা ইকোনোমিক ব্লোকেড চখরি, থা ২ ফারক্লে। ইণ্ডিয়াগী ময়োল্লমদা ওইরম্লবদি পার্লিয়ামেন্ট নীক্লমগনি অদুগা কাঙলুপ মশেলসু খূৎ থোক্লরমগনি। মসিদা ইণ্ডিয়া লৈঙাক্লা হকচীন্না লৌদ্রিবসি করিগীনো ? ব্লোকেড অসিগী চৈথেং অসুক কুইনা খাঙবা ঙমগদবা প্রজাশিং মণিপুরী মীয়াম নত্তুনা ইণ্ডিয়াদা লৈব্রা ? মসিবু নাগাশিংনা হিংচা-য়াইতম্বা ওইবগীনি অমদি, মীতৈশিং নৎত্রগা, ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা লাল্লুবদগী থোকখিবনি হায়না তাইওন্ননা খন্দুনা লায়থোকপা য়াব্রা? ইণ্ডিয়া লৈঙাক্কী থৌওং অসিনা তাকপদি, লমদমসিদা ঐখোয় মশেল উংখৎনবদা মখোয়গী অকায়বা লৈতে, মখোয়গী অতোংবা ঙাক্তনি।

মরম অসিনা, ঙসি লমদমসিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অমদি, মণিপুরগী অপূনবগী শক্তম শীঙনরক্লিবা খিবিক অসি সেন্টরনা থোকহনবনি হায়বদা করিবু লানগদগে ? ফীভম অসিদনি, মণিপুরনা ইণ্ডিয়াগী ফীবান্নুংদা লৈরিমখৈ মশাগী অপুনবগী শক্তম কনবা ৱাগনি হায়রিবা অমসুং মসিগীদমক্তা করিগুম্বা হীরম অমদা মন্ত্রীক্লবা তৌদনা প্রজা মীয়াম্না অরোয়বা খোঙফমদা লেপখৎতুনা শীঙনগদবনি হায়রিবা। অসিগুম্বা সেন্টরগী কৈদা অসি ময়েক শেংনা খঙনরকপদগী, ইশানা ইশাগী ঙমখৈ ঙাকচগদবনি হায়না লৈবাক মীয়াম্না ফিরেপ লৌনরকখিবনি। মরুওইনা চৎলিবা মীরোল অসিগী মনুংদা মণিপুরি মীয়াম্না ঈহৌ তৌদুনা ইশাগী লাইবক ইশানা লেপচনবা হৌগৎলকখিবনি। খুনাইগী লূপ কয়া শেমদুনা মণিপুরি জাতিগী অমত্তা ওইরবা মান্নবা পান্দম অমা পুদুনা চঙশিন্নরকখিবনি।

তৌবদুবু লূপ ময়াম অসি ষ্ট্রিমলাইন তৌনবগী পাঙ্গলদি অপূনবা খুনাই অসিগী ওইনা লৈবা তাই। খুনাই অসিগী পাঙ্গল কল্লিমখৈ জাতিগী পান্দম পাংনা চঙশিনবগী খোঙথাং অদু উবা তাই। খুন্নাই অসিনা মতীক চারিমখৈ জাতিগী লৈঙাক অদু ফগনি হায়বা ৱাফম অসি নীংশিংবা য়াই। জাতিগী থবক্তি লোইবা নাইদে। মীশিংনা লাকই অমসুং চৎখি, অদুবু জাতি অদুগী থৱায়দি অদুম্মক লেপ্তুনা চৎলি হায়বদু ঐখোয়গী তাঙ্কক অসিদা উবা ফংলি। মণিপুরি জাতিগী শিবা নাইদ্রবা থৱায়না চৎলিবা অমদি প্রজা মীয়াম্না মদুবু উরদুনা খোয়দৌ ফাথনা জাতিগী খোঙকাপ লৌমিন্নবগী থৌওং চত্থমিন্নরি।

থোইদোক্লা পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবদি, অমুকোনচিংবা মকোক ওইবা লূপশিংনা ঙসিগী য়াম্না লুরবা তাঞ্জা অসিদা য়াম্না দায়ত্ব লৈনা তৌরকপসিনি। শেন্থমগী, চাওখৎ-খোঙথাংগী অমদি কলচরগী মীৎয়েংদা চীংমী-তম্মীগী থমোয় ফাবা ঙম্নবা হোৎনরকপা অসিনি। লূপ অসিগী কেম্পেইন শাফু থোইদোক্লা কল্লি, মদুনা মনুং হঞ্জিন্না য়ৌশিনবা ঙম্মী। এন্টি থেসিস অপান্ননা চত্থরকপা মীওইশিং ফাওবা লূপ অসিগী ৱা তাদবা ঙমদে। চীংগী লমদা কেম্পেইন অসি য়ৌশিন্দুনা চাওখৎ খোঙথাংগী, পূন্না নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী পাউজেল মায় পাক্লা পীবা ঙমখিবদা নত্তনা তম্মীনা চঙলকপা য়াদনবা লোনশীনখ্রবা খোঙশিংদা থীন-থীন্দুনা খোঙ কয়ারক হাংদোকহনখিবগী তাঞ্জা ফংখ্রবা থোইদোক্লা মীয়ামগী থাজবা ফংবা ঙল্লবা লূপ অমা ওইরি। মরম অসিনা লূপ অসিগী থৌদাং চাওবা হেনগৎলক্লি। ঙসিগী খ্বাইদগী নুংনাঙনীংঙাই ওইরক্লবা তানফম অসিগী লোনশীনখ্রবা খোঙশিং অসি হাংনবগী থৌদাংসু লূপ অসিনা লৌবা তারিবনি। হন্দক্কী লুবদগী লুরবা তানফম অসিদা পাঙথোক্লিবা ইন্টগ্রিটি ডেগী থৌরম অসিগী ৱারেপনা অমসুং মতুং তাবা খোঙথাংনা এন্টি থীসিসগী ওইরক্লিবা ফীভম অসিগী পুক্লিং লাকথনবগী লম্বী অমদি ফংবা ঙমসনু। ❑

# মণিপুরি নেসনেলিজম খুদোল্লিবা
# জানুৱারি ৯ গী থৌরম

লমদমসিদা পাঙথোক্লরিবা লৈবাক্কী থৌরমশিংগী মনুংদা জানুৱারি ৯ গী থৌরম অসি থোইদোক্লা মরু ওইরি। মসিনা ঈনিংথৌ গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাখিবগী নুমিৎ ওইবদা নত্তনা চহী ৭ খুন্তাকপবু নীংশিংহল্লিবা থৌরম ওইরি। ক্যামপোক লমজাউ নৎত্রগা কবো তম্পাক্তা কায়নবা নুমিৎ ওইবদা নত্তনা অৱা লানদা মরৈবাক্কীদমক থৱায় কৎখ্রবা অথৌবশিংবু নীংশিংবা নুমিৎ ওইরি। অৱাগী মখুত্তা খুন্তাক্তুনা কাঙখুল মুৎলমগদৌরবা জাতি অসিগীদমক মশাগী য়েংদনা কখোকপা ঙম্বা নিংথেমচা হীরাচন্দ্র, সনা য়ুমজাউতাবা নচিংবা মীওই কয়া পুৱারীনা হেক হেক খুদোল তৌরি হায়বদু নীংশিংবা নুমিৎ ওইরি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবসু পূনশীন্নবা ঙমদবমখৈ মচোই মচোই তাবনা খুন্তাকপগী অৱা চৈথেঙ নংঙি হায়বসি কাউথোকপা ঙমদবা নুমিৎ ওইরি। ঈরৈবাক ঈরমদমগী ওইবা জিও-পোলিটিকেল ফীভমখক্তমক য়েংলগা য়ুমলোন-কৈরোন্নরিবা অমদি মালেমগী হোংলক্লিবা মশক য়েংবা হৈত্রবদি তুংহন্না চৎলি নৎত্রগা অৱাবা নংঙি হায়বসি নীংশিংবা নুমিৎ ওইরি। ঐখোয়গী ঈরক্তা মীতিন্নবা হৈতবা, অনী থোকপী অসিনা ঐখোয়বু খম থেংনা লৈখা তাহল্লিবা, পল্লেপফম খঙদনা লমফাংনহল্লিবা খিবিক অসি কখোকপগা লোয়ননা পূনশীন্ননবা হোৎনদুনা মণিপুরি নেসনেলিজম শাগৎপগী ঈচেল মপূং ফাহন্নবা হোৎনবগী নুমিৎ ওইরি।

মতৌ অসুম্না চিং-তম পূন্না চৎথমিন্নবগী তঙায়ফদবা, লৈবাক্কীদমক থবক তৌবা তাবদা ঈশাগী য়েংদনা কখোকপগা লোয়ননা থবক তৌবা, মরৈবাক মজাতিগী থবক তশেংনা তৌরম্বশিংদি লোয়নাইদবা মপোক্লুম শোন্নে অমসুং মখোয়গী মপান্না মরৈবাক মজাতিগী পুৱারী ঈচেল খকপা নাইদনা চেন্থহল্লি হায়বা অসিনচিংবা নেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন পীবা য়াম্না মরুওইরবা নুমিৎ ওইরি। অসুক্কী মতীক মরু ওইরবা নুমিৎ অসিনা মশেক মঙান ফুদোক্তুনা খুনাই অসিদা কান্নবা পীরকপা চহী কুমজা মশিংদি য়ামদ্রি। অদুগুঁ মাঙলমচত্তদি ময়েক শেংনা মতীক মগুণ ফুদোক্লমদে। অদুবু কুমওন মশীং য়াম্লকপগা লোয়ননা মহাক্লা লেপ্তুনা পীরকপা ঈথিলনা মরম ওইদুনা ঙসি ঙরাঙদি ফম্না নীংথিজনা মতীক মঙাল ফুদোক্লরে। মরৈবাক মজাতিগী মীয়ামদা, মরু ওইনা অনৌবা মীরোনগী থমোয়দা মমালৈবাক নুংশিবগী শক্লোন অমনা কখোকপা পাম্বা চাং অমগী অনৌবা অয়ুক অমগীদমক য়াকায়হনবা ঙমলরে। অসিগুম্বা অফবা খুদম পীরকপা নুমিৎ অসিবু ফংজবদি মণিপুরী জাতিগী লাইবক ফবনি হায়বা য়াই।

হৌখিবা মীরোল ৩/৪ অসিগী মনুংদা থৌরম অসি খুনাইগী মীয়ামগী থাক্তা, লুপশিংগী থাক্তা পাঙথোরকপদগী ষ্টেট গবর্ণমেন্টকী মিনিষ্টর খরা য়াওহন্দুনা পাঙথোরকপা চহী ৩/৪ ফারে। চীফ মিনিষ্টর ৱাহেংবম নিপামচা ফাউবা হৌখিবা চহী অনীদা থংন-থংননা থৌরম য়াওখ্রে। অদুবু কংগ্রেসনা পাল্লকপা চহী ৪০ মুক অসিগী মনুং কংগ্রেস চীফ মিনিষ্টর অমত্তনা থৌরম অসি য়াওখিদ্রি। গম্ভীরসিংহ লৈখিদবগী

নৎত্রগা চহী ৭ খুন্তাকপগী থৌরমগী মরীদা পাউজেল অমত্তফাওবা হকথেংননা পীরক্ত্রি। ১৬৫ শুবা কুমওন থৌরমদা 'জানুৱারী ৯ সেলেব্রেসন কম্মিটি' না শিল্লাংদুনা পাঙথোকখিবা থৌরমদা আর্টস এন্দ কলচরগী মিনিষ্টর ডাক্টর ৱাকম্বম থোইবা অমসুং থৌনাউজম ইবোয়াইমনা অথোয়বা লেঙবীরকপা অমসুং থৌরম মপু ওইনা লেঙশিন্দুনা পাঙথোকখিবা অসিনা থৌরম অসিবু হেন্না পাক চাউহন্দুনা মীয়ামদা পীফম থোকপা ৱাহন্থোক পীনবা হোৎনবগী ঈচেল অমা পীরকখি, থৌরমগী পুৱারীদা চপচানা অহোংবা অমা পীরকখি।

অসুক মরুওইখ্রবা মণিপুর পুৱারীগী হী-য়াইগুমনা মমল য়াম্লবা হিষ্টোরিকেল সাইট অমা ইম্ফালদগী কিলোমিটর তরেৎ খক্তুং নেসনেল হায়ৱে ৩৯ দা হাইথরক্লগা কাঞ্চিপুরদা লৈরি হায়বসি জানুৱারী ৯ গী থৌরমনা থিরক্তুবদি কনানসু খঙদবগী ফিভমদা লৈরক্লি। সমাধি অসিগী হান্না লৈজরম্বা মফমশিং, থম্বাল শাৎলম্বা পুখ্রি নচিংবা কয়া ঙসিদি লৈত্রে। চঙফম লম্বী ফাওবা লৈরমদবদগী লৈখিদ্রবা আর কে সনামচা অমসুং ষ্টেন্দর্দ রোবার্ট ইংলিস স্কুলগী প্রিন্সিপালনা লম খরা কৎপদগী থোঙ্গাল ফাওবদি লৈরে। অদুবু ষ্টেট সিএম য়াওনা পাঙথোকখ্রবা থৌরম অসি ষ্টেট ফঙ্কসন ওইদ্রি। কুমওন থৌরম খুদিংগী মিনিষ্টরশিংনা শক্লম্বা ৱাশকশিং করিমত্তা ঙসি ফাওবা পাঙথোক্ত্রি। তাজমহল অমসুং ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েল কয়ারক হন্না রিপেয়র তৌখিবগুম সমাধি অসি রিপেয়র তৌগনি, কমপ্লেক্স শাগনি হায়না ৱাশকখিবা কয়া অমা লৈখ্রে। মখোয়দি কাউবু-কাউরল্লগনি। মসিগী মরমনা মীয়াম্না অসিগুম্বা থৌরমদা মিনিষ্টরশিংনা ৱাশক শক্লমগনি হায়বগী নুংঙাইবগী মহুত্তা তানিংদবা উনিংদবা ফাওবা লৈনরক্লে। মসি ঐখোয় পূম্বগী লাইবক থীবনি।

হন্দক্কী থৌরমদা থোইদোক্লা নুংঙাইবদি, *য়ুনাইটেদ পিপলস ফ্রন্টনা* শীল্লাঙদুনা চীংমী-তম্মী নহারোলশিংনা ফিরাল অমমম পায়রদুনা সমাধিদা কোক নোল্লম্বা অমসুং প্রোসেসন চৎখ্রগা থাউ গ্রাউন্দা *'গম্ভীরসিংহ মহারাজগী ১৭০ শুবা লৈখিদবা নীংশিং নুমিৎ'* পাঙথোকখিবা থৌরম অদুনি। চীংমী অহল অমসুং নহারোলশিং য়াওনা পরেং লেংদুনা চঙলকখিবা মীয়ামগা লোয়ননা মণিপুরগী নিংথৌ লৈশেন্বা সনাজাওবা অমসুং অঙম অথৌশিংনা সমাধিদা কোক নোনখিবগী থৌরম অদুনা মিনিষ্টরশিং য়াওবা থৌরমদগী থোইনা হেন্না পূক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইখি। অনীমক্লা অমনা অমবু পূক্লিং থৌগৎনখি, অনীমক্কী মশক হেন্না থোক্লখি। অমরোমদনা *য়ুপিএফ*না অনৌবা পুৱারী অমা ইবা হৌখি অমসুং মদুমক ইনবা হোৎনবদা *'জানুৱারি ৯ সেলেব্রেসন কম্মিটি'* গী হোৎনজমন ৱাজমলগী শরুক য়াউরি।

মমাংঙৈ ইং ১৯৬৩ দগী হৌনা *পিপলস ৱেলফেয়র ওর্গেনাইজেসন* না কুমওন থৌরম অসি পাঙথোরকপা, ইং ১৯৬৯ দগী নোংমৈকাপ্পম সনাজাওবনা লুচিংদুনা *'গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাখিবগী কুমওন থৌরম'* পাঙথোরকখিবা, ইং ১৯৭৩ দা য়াইস্কুলগী চিংঙাখম ইবোহল অমসুং সৌগাইজম রুহীনিকুমারনা লুচিংদুনা *'কবো তম্পাক নীংশিং নুমিৎ'* পাঙথোরকখিবা, পান মণিপরী য়ুঠ লিগনা ইং ১৯৭৫-১৯৮০ দা *'চহী তরেৎ খুন্তাকপা নীংশিং নুমিৎ'* পাঙথোরকখিবা, ইং ১৯৮৩ দা লুপ অমা চোংথোরক্তুনা *'মহারাজ গম্ভীরসিংহ নীংশিং নুমিৎ'* পাঙথোরকখিবা মতুংদগী 'জানুৱারী ৯ সেলেব্রেসন কম্মিটি'না মখা শমথরকপগী মমল য়াম্লবা থৌদাং অসিদা য়ুপিএফ থোরকপনা মীয়ামদা নৌহৌনা নীংশিংহল্লি।

থৌরম পাঙথোরকখিবা তোঙান তোঙানবা লুপশিংগী থৌদাংশিং অসিনা পরেং লেংলগা কুমওন থৌরমগী পুবারী শেন্নরিবা অসিমক্তা তাকপদি খুনাই অসিগী মীয়াম্না পূক্নিং চিংশিল্লিবা মগুণ লৈবা থৌরমদি মসিনা ওইবা তারক্কই। য়ুনাইটেদ পিপলস ফ্রন্টনা হুন্দক্কী কুমওন্দা পাঙথোক্লিবা থিম অসিমক *'মচোই তারুরবশিং অমুক হন্না পুনশীনবা নুমিৎ'* (রিকনসোলিডেসন ডে) হায়বসিদা ওসিগী মীয়ামদা পুনশীন্নবগী অকনবা ঈহৌ পীরি। করম্বা মীয়াম? য়েলহৌওদগী হৌনা অমত্তা ওইরম্বা চীং তমগী অপুনবা মীয়াম। মসিমক ঈনিংথৌ গম্ভীরসিংহনা মওজরম্বা মওলান্নি অমসুং মসিবু ওসিগী মীরোলনা মওফাওনহনবা তারি। লিংজেল মান্নদবদগী মচোই মচোই তারুরবা মণিপুরি খুনাইবু থৌনা অমসুং কখোকপদা য়ুম্ফম ওইদুনা অপুনবা মতীং লৈবা খুনাই অমা শাগৎনবগী লম্বী তাক্লিবা ঈনিংথৌ গম্ভীরসিংহ, হীরাচন্দ্র, সনা য়ুমজাওতাবা অমসুং অতৈ অথৌবশিংবু কাউবা ঙমলোই। ইপা ইপু ওইবা মখোয়না পামজরম্বশিং অদু পাঙথোকপতনা মখোয়গী লমন শিংবা শক্লবনি। ওসিগী ঐখোয়গী খ্বায়দগী মরুওইবা খোল্লাউদি *"ঐখোয় মচোই তাররোই, ঐখোয়না মায় পাক্লবসু মচোই তারবদি কান্নদে। ঐখোয়গী পান্দম পুদুনা চওশিল্লিবা লম্বীদুদা কখোকপদা য়ুম্ফম ওইরগা পুনশিন্নবগী লীচিংনা চেংনা পুনশিনবদুনি।"* ❑

# মালেমগী ইমালোনশিংগী
## নুমিৎকী থৌরমদা

মালেমদা লৈরিবা অতৈ থব্বায় পানবশিংদগী মীওইববু পূমতোপ তোপ্না খেৎনহল্লিবসি লোন্ননি। থুনা খওগনবা ব্বাখল লৈবা মীওইবনা পুথোকখিবা য়াম্না মরুওইরবা নিয়ম কয়াগা লোয়ননা খ্বাইদগী শীংথানিংঙাই ওইনা শেমগৎ-শাগৎলকখিবা পোৎশক অমখক্তংদি মীওইবা খুনাইগী নাৎকি মশক ওইরবা খুৎলায় (লোন) অসিনি। মীওইবনা তাইবং মালঙপান্দা লৈরিবা থব্বায় পানবা নৎত্রগা পান্দবা পোৎশকশিংবু মিংথোনবগী থৌওং অসিনা তুংকোইনা লৈহৌনবগী অনৌ-অনৌবা মচাক ওইরক্নুনা মীওইবগী পুক্নিং ব্বাখলদা নপ্পুনা লৈরকখিবা অমদি, মপাম্ভোংগী শক্তমদা মদুনা লোনগী শক্লোন লৌজরকপগী হৈনা খোঙকাপ থাংলকপা অসিনি। থোইদোক্লা মরুওইরিবদি, লোম্না মীওইবগী নাৎ অমসুং পারী-পুরীগা তৎনথানবা য়াদনা লীপুল্লিবা শরুক ওইরক্লিবা অমসুং মসিনা মীওইবগী খুম্ভোক-খুন্দারোলদা য়াইফবা পুক্নি মহীং পুরকপগী খ্বাইদগী চাওবা থৌদাং লৌহল্লি। নাৎ হায়বসিনা খুনাইশিংগী মরক্তা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী, অপুনবা শক্তম পুরক্লবগী অমদি লৌশিংদা য়ুম্ফম ওইবা শেনমিৎলোনগী থমোয়নি অমসুং

থরায়নি। মালেমনা পান্নরিবা ঈং চিক্লা হিংমিন্নবা অমদি য়েখায়-থিনগায়বা লৈতনা পান্নবগী খ্বায়দগী ফবা পান্বেদি খেৎনরবা নাৎশিং অসিবু ইকায়খুম্নবনা ওইরি। মফম মতমগী মতুংইন্না নাৎ অমসুং লোন্না তোঙান-তোঙানবা শক্লোন লৌরবসু, মীওইবগী কাণ্ডলুপ কয়া অমদি খুন্নাই কয়াগী মরক্তা মশাগী তোপ-তোপ্পা ফজরবা শক্তমশিংগা লোয়ননা শাগোন্নব্রবা খেৎনবা মশকশিং অসিমক মীওইবগী খুম্হোরকপগী অমদি পারী পুরীনা থম্বীরম্বা অদুঙৈগী লনগৈগী মশা কল্লবা য়ুম্ফম ওইরিবনি। মীৎয়েং অসিগী মখাদনি, বেঙ্গোলি লোনগী ঈহৌ (১৯৪৮, ১৯৫২) গী লীক্লম শমথদুনা য়ুনেস্কোনা ইং ১৯৯৯ দগী হৌনা ফেব্রুৱারী ২১ খুদিংগী মালেমগী ওইবা ইমালোনশিংগী নুমিৎ পাঙথোক্কুনা লাক্লিবা। *নেসনেল রিছার্স সেন্টর মণিপুর (এনআরসি)* অমসুং *মণিপুরী লেঙ্গোয়জ ডিবলপমেন্ট সোসাইটি (মালাদেশ)* না শীন্দুনা ফেব্রুৱারি ২১, ২০০৪ দা ইম্ফালগী প্রেস ক্লবতা পাঙথোকখিবদু মণিপুরী লোনগী পুৱারীদা থোইদোক্লা অরংবা থৌদোক অমা ওইহৌরগনি।

ওক্রম কুমারনা থম্বিখিবদা, লোন হায়বসিনা নাৎকী শাদোং ওইরকই, নাৎ অদুমক ওইরকই। অপুনবগী শক্তম ঙাক্লিবা কলচরবু কনশি হায়রবদি লোন কনগদবনি হায়বসিনি। কে সি তেনগুবগী মোত্তা, মণিপুরী লোন হায়বগী মহুত্তা মীতৈনা ঙাঙলিবা লোন অসিবু মীতৈলোন শেংনা কৌনিংবগী ৱাফম ফোঙদোকই। লোন অসিদা মীতোপলোন চঙখিবদগী লোন অসি শাথীনা নারে। ঐচআইভিনা নাবগুমলে। মসিনা তাকপদি খুন্নাই অসি নারে হায়বা তাকপনি। মতম কুইনা ঐখোয়বু থামায়দুনা লাকখিবগী খুদম ওইনা লোন অসিদা নাখিবনি, লোন অসি শিথখিবনি। করিগুম্বদা লোন অসিনা শিখিবা তাবদা মীতৈ খুনাইসু য়াউনা শিপ্পগনি হায়বসিনি। অমকুগী প্রসিডেন্ট এম কে ইল্লৱারনা লোন চাউখৎনবা হোৎনবদা হকচিন্না লৌবা পাম্মী। অসিগুম্বা থৌরমদা ঙাইহাক ঙাঙনরগা তোকপা পামদে। ওইথোকপা য়াবা খোঙথাং থাংবা পাম্মী। অমজুগী প্রসিডেন্ট শমজাই ৱাংখেমচাসু অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা চা গ্লাস অমমম থকমিন্নরগা তোক্কদবা থৌরম খুৎপাঙথোক অদু পামদে হায়না ফোঙদোকই। লোন অসিগী শক্তম উরুবদা মদু ঙাঙলিবা ফুরুপ অসি লেমজনীংঙাই ওইদবগুম তৌরিবসি য়াম্না নুংঙাইতে। নিতিগী ঙাঙনরিবা, ইনরিবা অসিদা ইমালোনবু শীজিন্নবা অসিনা লেমজনিংঙাই ওইবা মশক্কু খঙনদবনা অয়াম্বা ওইরে হায়বসিনি।

য়াম্নমক নুংঙাইতবদি, খুনাইগী মীয়ামগী পুক্সিগা নিতিগা শম্নরিবা ঐখোয়গী পাউচেশিংদা ফাওবা ইমালোন নীংতম্না শীজিন্নবা তৌদ্রি। মীতৈলোন্না চেজৎলোন ওইহনবা ঙমদ্রি, মসি ইকায়নীংঙাইনি হায়বসিনি। ডাক্টর ঙাইরাংবম বিজয়গী মোত্তা মীতৈলোন হায়বগী মহুত্তা মণিপুরী লোন হায়নীংঙি। লোন হায়বসিনা অমগা অমগা ঈ পাউ ফাউনহন্দুনা মীয়ামবু অমত্তা ওইনা পূনশিন্নবনি, অপূনবা শক্তম পুরক্লবনি, চাউখৎপা পুরক্লবনি। থায়নগী অহল লমনশিংনা শীজিন্নরম্বা মীতৈলোন অদু ঙসিসু শীজিন্নদুনা

মণিপুরী লোন চাউখৎহনসি হায়না ফোঙদোকখি। তশেংনমক থৌরম অসিদা অমগী ৱাখল অমনা শৌগৎনদুনা নৎত্রগা নৈনদুনা নৎত্রগা য়ানিংদে হায়না ফোঙদোক্লদুনা মমুৎ তানা খন্নখিবা অদুমক্তা তগৎ তগৎ তেকপা থৌরম অমা ওইহনখ্রে। মসিমক ইমালোনগী থৌরম ওইবা মরম্নি। থৌরম অসিদা মমালোন নুংশিবগী মরীদা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা ইমোসনেল ওইনা কন্নাগুম্বনা হায়রবসু মদুদা মহাক্তা হৈম্বগদবা লৈত্রে ৱাংগদবা খক্তনি, মরমদি মমালোনগীদমক্তা হোৎনজবদা ঙাওবনসু ঙাওশ্লানি মখোয়গী মশিং য়াম্বা ইমালৈবাক্তা পাম্মী।

থৌরম অসি হৌরকপদা এন আর সিগী প্রসিডেন্ট সৌগ্রাকপম ভুবোলনা হৌদোক ৱারোল (কিনোট এড্রেস) পীবদা ফোঙদোকখ্রে। ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লন (হেরিটেজ) অমসুং নাৎকা তৎন-থানবা যাদনা শাগোন্নদুনা লাক্লিবা মণিপুরগী লোন ৪৫ মুক শিখিবগী ৱাফম অমসুং লোনগী মমীং-মথা মখেক শেংনা পনখ্রে। ফুরুপশিংগী ফাওনলোন ওইরিবা মীতৈলোনগী মথক্তা মণিপুরী নাগা অমদি মণিপুরী কুকি চীন ফুরুপ ৩৩ মুক্তা ঙাওনরিবা লোন ৩০ হেনবা অসিগী মনুংদসু খবদি শার্থীনা মরায় চায়থবকপগী খুদম ফংলি। টিবেটো বর্মন অমদি সিনে-টিবেটানগী মনুং চন্না লৈরিবা মণিপুরগী যেলহৌ ফুরুপশিংগী লোনশিং অমদি নাৎনা খেৎনরবা লৈচলশিং ওইদুনা শেমগৎলকখিবা মীতৈলোনগী নীংথিরবা শক্তম ঙাক্লনা থম্বগী লীশাঙ শীৎপা থৌওং অসিদা শেৎন-খাইনবা যাদনা লৈচল ওইখিগদৌরিবা যেলহৌ ফুরুপশিংগী লোনশিং অসি মশক মচু থোক্লা হিংহনবা চঙঙী হায়বসিনি। মান্নবা খুনাই, মান্নবা পুন্সি মহীং অমদি ঈং তপ্পা লৈবাক খুনাই ফংনবা হোৎনবদা ইমালোনশিংবু অচুম্বা মায়ওন্দা পুরক্তুনা চাওখৎহনবা তঙায়ফদে হায়বসিনি।

ঈংচীক্লা লৈমিন্নবা অমসুং অমত্তা ওইবগী শক্তমদা লোন হায়না হীরমগী মরীদা পাঙথোকখিবা থৌরম অদুগী মপু ওইখিবা ডাক্টর এম এস নিংঙোম্বগী মোত্তা লোন্না মী ওইববু নুংশি চান্নহল্লি। নোংপোক-নোংচুপ পাকিস্থান তোখায় তানখ্রিবসি লোন্ননি। মসিনা ঈ-পাউ ফাওনবা (কম্যুনিকেসন) গী অচৌবা থৌদাং লৌরি। অমুকসু অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী হীরমদা লোনগী থৌদাং চাউই। খুদম ওইনা ইম্ফালগী মীশিংনা অন্দ্রোদা চৎলুবা মতমদা মখোয়গী লোনবু শৌগৎপিবা মী তাঙই। অয়াম্বনা নোক্লরিবা ঙাক্তনি। অন্দ্রোগী মীশিংনসু নোক্লবিবা লাক্লে হায়না খনবা ঙাক্তনি। অন্দ্রো লোনগী মরুওইবদু খঙনদে। নুংশি চান্নবা পুরক্কদৌরিবা লোনদু শীংথানদে। অদুনা, লোন হায়বসিদি করিগুম্বদা মখল অমত্তগী চাউখৎপা-চাউখত্তবা হায়বা লৈতে। লিঙ্গুইষ্টিক্কী ৱাখল্লোন্দা মসিবু লান্না থাজবা হায়না কৌই। ইমা লোন খুদিংমক্কী চন্নফম চপ মান্নে, মসিদি নাৎকী শাদোঙনি। লোন মচানি অচৌবনি হায়বগী মীৎয়েং অসি লাল্লি। মসিনা অমত্তা ওইবগী শক্তম থুগায়নবনি। লোন খুদিংমকপু ইকায় খুম্নগদবনি। অদুবু লুই হায়রিবা ইংলিস লোন্দা মী পুম্বা ঙাউনরি। লোন্দু খঙবা ৱাৎপদগী লৌশিং নীংথিনা তানবা ঙমদবা অসি অরুবনি।

অদুনা ইমা লোন চাউখৎহনবা হায়বসি মপুঙ ফাবা লৌশিং ফংনবগী থৌওংনি। নুংশিনবা পুরকপা হায়বসি মমুৎ তানা ঙাঙনরগা পুরক্কদবনি। চাউখৎপা পুরক্কদবনি। মমুৎ তানা খঙদ্রবদি চাউখৎপা, ঈং চীকপা পুরক্লোই। অদুগা, অপূনবগী শক্তম পুরকপদা লাইনীং মান্নবা চৎপদগী লোন মান্নবনা হেন্না পুরকই। নোংপোক-নোংচুপ পাকিস্টান লোন্না মরম ওইদুনা কায়নখি। লোন তিন্নরম্লবদি কায়নরমলোই। মীতৈ পাঙলশিংসি শ্বায়দদি মীতৈশিংগা কয়াদা নুংশিনবনো হায়বা খঙনদে। মপান্দা লৈরবা মতমদা ঐখোয়গা কয়াদা নুংশিনবনো হায়বদু খঙই। মপান্দদিময়াঙ পাঙল, মুস্লিমশিংগী মনাক্তা লৈববুদি মীতৈশিংগী মনাক্তনা হেন্না লৈরি। মীতৈ মহৈরোয়শিংগী মনাক্তা হেক্তা লাকই। ময়াং লল্লোনবশিংগী মরক্তা লৈরম্বা মীতৈ পাঙলশিংনা মীতৈ হেক উবগা নোংঙানবগা চথোর্কপিরকউ হেক্তা হায়গনি। লোনগী শাফুসি কয়াদা কনখ্রবনো? ইমা লোনগী মরুওইবসি কয়াদা চাউখ্রবনো? য়েংবিয়ু, ইমালোন অমত্তা ওইবনা অনীসি শেত্তোক্লবা য়ারিব্রা? মরম অদুনা ইমালোন য়োকখৎপা য়াম্না মথৌ তাই। মীওইবগী পুক্লিং খঙগে হায়রবদি ইমালোন্দা ঙাঙগদবনি হায়বসিনি।

ময়েক্কী মতাঙদা এমএস নিংঙোম্বগী মীৎয়েংদদি চয়েৎনবা লৈতে। হৌজিক অদুম চৎখরি হায়বসিনি। ময়েক অসি নাৎকী শরুক অমনি, নাৎমকনি। মতম অমদা শীজিন্নরম্বা ময়েক্তা মতম অমদা শীজিন্নদবা য়াই। অৱাৎপদু মেনশিল্লকপা য়াই, হাপচিল্লকপা য়াই। ঙসি হীন্দুগী নুংশিৎ নুংশা হুম্বরক্লবা মতমসিদদি মতমদুদা হেনগৎলম্বদু ঙসিদি করিগীদমক্তনো হায়না য়েংখৎনরকপগী ৱানি। ইংলিস, রোমান ময়েক্কুম লৈজবা য়াই। অকায়বা লৈতে। মতম চানা মসিনা চুমই, মসিনা লাল্লি হায়বদু লেপহৌদবগী ৱাখক্তনি। ইমা লোনগী বেসিক সাউন্দ লৈজে, বিজুয়েল সিম্বল লৈজে। মরম অসিনা মীতৈ ময়েক্কী খৎনরবসু চয়েৎনবদি লৈতে। মসিগী হায়রুরবদি ইংলিসকী থনান অসি মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফত্তে। অদু ওইরবদি ঙসি ময়েক্কী খৎনরিবা মওং অসিনা খুন্নাইদা করি কান্নবদি পীরি, অদুগা ময়েক অসি চৎনবা য়াদ্রগনা খুন্নাইদা করিদি তোংজৈ হায়না লিঙ্গুইষ্টিক প্রোফেসার (রিটায়ার্ড) অসিনা হংলি।

নিংঙোম্বমনা কন্না ফোঙদোকখিবদি লোনগী মরীদা থৌশাদ্রবা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর অমসুং এডুকেসন মিনিষ্টরগী থৌওং অসিনি। ষ্টেটকী শেঙ্গাওদগী শেল পুথোরক্কদবসু নত্তবদা লোনগী শেনফমদগী শীজিন্নবা যাবসিদা থৱায় য়াওবীদবা অসি লাইবক থীবনি। অদুগা লোনগী খ্বাইদগী মরুওইবদি *য়ুনিকোদ* (সেদ্যুল লোনশিংগী চৎননবা ময়েক) শেম্বগী মতাঙ অসিনি। ইণ্ডিয়াগীদি দেবনাগীরি ময়েক্তা নম্মী। মসিমক ময়েক অমদা হেক্তা শেম্বা য়াই। মতমদুগী নেসনেল য়ুনিকোদ শেম্বা (ডিবলপ) মতমদা মণিপুরগী কোদ অমা শেম্বীরকউ হায়না চে থারকপা মতমদা মীতৈ ময়েক্তা শেমখিবনি। অদুবু *বিশ্বভারতী* চেফোঙদা বেঙ্গলি ময়েক ওইনা লাকখি। মসিগী মরীদা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর অমদি এডুকেসন মিনিষ্টরদা ৱাকৎখি অদুবু উন্নসি য়াদে। মসিগী মরীদা থৱায় য়াউবা মীয়ামদগী কন্নাসু থোক্লক্ত্রি হায়না য়াম্না নুংঙাইতনা মীয়ামদা পাউদমখি।

পুম্নমক অসিগা লোয়নননা, ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা ৱাফমদি মণিপুরদা লৈরিবা ফুরুপশিংগী মমালোনশিং অসিদা য়াউরিবা ভেল্যুশিং অসি মশক খঙমিন্নবা মথৌ তারি। লোনশিং অসিবু য়োকখত্তুনা চাওখৎহনবগা লোয়নননা ফাওনলোন ওইরিবা মণিপুরী (মীতৈলোন/মৈতৈলোন) অসি ঐখোয়গী নিতিগী পুন্সি মহিং, খুন্নাইগী অমদি লৈঙাক-ৱায়েলগী মফম কয়াদা শীজিন্নদুনা লোয়শঙলোন (চেজৎলোন) ওইহন্নবা অমসুং মীতৈ ময়েক হেন্না শকখঙদুনা মণিপুর পুৱারীগী তাঙ্ক খদিংমক্কী ময়েক উবা ঙম্নবা হোৎনবগী *লেঙ্গোয়জ পোলিসি* পুথোকপা মতম চারে, থীল্লে হায়বসি মালেমগী ইমালোনগী নুমিৎসিদা পাঙথোক্লিনা থৌরমসিগী মরুওইবা খোল্লাউ ওইরি। ❑

# চৈরাওবা

## করম্বা নেসনেল এজেন্দা

মীতৈশিংগী থমোয়বু মকা লামহনবা থা ওইরিবা লমতা থা হেক লোইখিবগা শজিবু নোংমা পানবদা পাঙথোক্লিবা মীতৈ কেলেন্দরগী কুমশীং-কুম্বারিবা চৈরাওবা থৌরম অসি থোইদোক্লা মরুওইরি। থৌরম অসিনা পুদুনা চৎলিবা মীতৈ ফুরুপকী ঈনাৎ, শেন্মিৎলোন, কুমশীং কুম্বালোনগী য়ুম্ফম অমদি নেসন ষ্টেটকী কনসেপ্ট অসিনচিংবগী অথুপ্পা এজেন্দা অসিনা মরম ওইদুনা থৌরমসিগী ঈচেল হেন্না হেন্না কনখৎলক্লি। মসিগী ঈচেলনা খমখিবা মতমদা হায়রিবা কনসেপ্টশিং অসিগী মমিসু শামখিবা তাবনি। ঙসিদি মণিপুরী জাতি হায়না অতৈ অতোপ্পা ফুরুপশিংগা পুন্না খঙনরক্লবা মতমসিদা জাতি অসিগী ঈচেলবু সব-নেসনেলিজম ওন্থোক্লুনা ইন্দিয়ান নেসনেলিজমগী ঈচেলদা তিনশি হায়রবদি হিন্দু কনসেপ্টদা, হিন্দুগী কুমশীং কুম্বাবা (গনিট সাস্ত্র) দা য়ুম্ফম ওইরগা চরক পুজা নুমিৎ/বৈশাখি গুম্বা হিন্দুগী থৌরমদা পাঙথোকপা তাবনি। মীতৈ চৈরাওখ্রবা মতুংদা এপ্রিল ১৩ নৎত্রগা ১৪ দা পাঙথোক্লিবা হিন্দু চৈরাওবা অসিনা ইন্দিয়ান নেসনেলিজমগী য়াম্না চাউবা ঈচেলনি। মণিপুরী নেসনেলিজমগী প্রোসেস তোক্লগা ইন্দিয়ান নেসনেলিজমগী ঈচেলদা য়াওশীনসি হায়রবদি অকোনবগী চৈরাওবা অসিদা য়াওশীনবা তাই। ঈচেল অনি অসিগী খেৎনবা পঙউ-উদ্রবসু, মীচমগী মীৎনা উবা ফংদ্রবসু হকচীনবা মীৎনা য়েংলবদি উবা ফংগনি মদুদি, ঈচেল অনিগী খেৎনবা সমুদ্রগা লাঙ্গোমগনি। থৌরমশিং অসিনা পুথরিবা শেন্মিৎলোন, ঈনাৎ, কুমশীং কুম্বালোনগী নেসন ষ্টেট কনসেপ্ট য়াম্না ময়েক লারবা তোঙান-তোঙানবা শক্লোন্নি, পান্দম্লি।

হিন্দু চৈরাওবগী মরীদা শন্নপ্না পনবা তারবদি, চরক হায়রগা মহাদেববু খণ্ডনৈ। চরক পুজা তৌবা নুমিৎ হায়বদি মহাদেব পুজা তৌবা নুমিৎ হায়বনি। চহিগী অরোয়বা নুমিত্তা চরক পুজা তৌনরি। ব্যাস দেবনা তাকপীরগা গনেশনা ইবনি হায়না থাজনরিবা হোরা বিজ্ঞান হায়বা জ্যোটিষ অসিদা য়ুম্ফম ওইবনি। মঙ্গলগী মশক্তি হায়না হিন্দুশিংনা লৌনরিবা মহাদেবনা অতোপ্পা চীঙশাংগা শন্নদবা বিন্দু পর্ব্বত্তা লৈ হায়রি। মসিননি চৈরাও চীং, হৈবোক চীং, নোংমাইজিংনচিংবা অতোপ্পা চীংশাংগা শন্নদবা চীংশিংদা মহাদেবগী খুবম থম্নরিবা। অরিবা চহিনা লোইখিবা, অনৌবা চহিনা লাকপদা হিন্দুগী পুন্সিনা অৱা অনা কোক্কুনা নুংঙাই য়াইফনা পান্নবগীদমক পুন্সি নিজবা থৌরম অমনি হিন্দু চৈরাওবা। বৈষ্ণব লাইনীংগী ঈচেল অসিদদি মহাদেবনা অথোয়বা বৈষ্ণব ভক্ত ওইরি। ঈশ্বর ফংনবগী অথুপ্পা অরোনবা লম্বী লীখুন তাকপা ঙম্বদি মহাক্লি। ঈশ্বর ফংগে হায়রবদি মহাকপু পেলহনগনি অমদি মহাক্কী মশক নীংথিনা খঙ্গনি হায়বসিনি। মীওইবা মপোক্কা মহাদেবগা লৈনবা মরী অসি য়াম্না মরু ওইহনবা মরম্না চরক পুজা তৌবনি অমসুং মসিনা পুন্সিবু খোয়রাঙ-খোয়শাওনহনবা কোক্কুনা শান্তি লৈনা লেন্নবগী অথুপ্পা পুন্সি লম্বী অমা শেম্বনি হায়না থাজনরি। অদুবু হিন্দু চৈরাওবনা পুথদুনা চৎলিবা ঈনাৎ, শেন্মিৎলোন, কুমশীং কুম্বালোন অসি মণিপুরগীদমক্তদি মরোমদোম লেপচবা ঙমদবা ঈচেলনি। মিপাল তাংবা পুন্সিরোলগী মচাক ঙাক্তনা শেম্বা অনৌবা ঈচেলনি। মণিপুরী নেসনেলিজমবু নমথরগা ইন্দিয়ান নেসনেলিজমবু শাফু কন্না চেষ্টহল্লিবা অচৌবা অকনবা ঈচেলগী এজেন্দানি। ইন্দিয়ানাইজেসনগী মমল য়াম্নবা খুদোলনি।

অদুগা মীতৈ চৈরাওবগী নেসনেলিজম পীবা পুৱারী য়াম্নমক ময়েক শেংঙি। কুইরবা মতমদগী হৌনা চহি লোইবা নুমিত্তা হয়েং চহি অনৌবা হৌরগনি হায়না থৌরম অসি পাঙথোক্কুনা লাক্লি। কিয়াম্বা সনা হাক্তক্তা খরা শেমদোক-শেমজীন তৌখ্রবা থৌরম অসি অদুঙৈ লৈনুং লোঞ্জা পাখঙবা হাক্তক্তগী চৎনরকপনি হায়না লৌনরি। চৈথাবা হৌবগী ৱাহম্লোক লৈবা থৌরম অমসু কিয়াম্বা হাক্তক্তগী হৌখিবগী ৱাফম লৈরি। মহাকথক্তা পোইরৈচা হীয়াংলোয়না চৈথাখিবা অহানবনি হায়রি (পণ্ডিট চন্দ্রশেখর)। টিসি হোডসন্না *দ মৈথৈজ* দা হীয়াংলোয় নমোই চাউবনা চৈথাখি হায়না ইরি। চহি লোইরে হায়দুনা চৈ পায়দুনা লাউরম্বদু থাদোক্লগা *"ৱাংঙম সুদোন তান্না লাংহৈ কুমশীং খুদিংগী কুমজা লাকয়েল তাইবা খুদিংগীসু পোইরৈ ইদাইরেমশিংনা চৈথাবা হায়না কৌরগা থৌ পুহৌরসনু"* হায়না নিংথৌ কিয়াম্বনা লাউথোক্কুনা চৎনরকখি। অসিগুম্বা চৈথাবা অসিনা কুমশীং কুম্বাবগী য়ুম্ফম থোনখি।

রোমগী কুমশীং কুম্বাবা মতমদা মৈত্রবাক্তা হাইরপ মান্নে। মখোয়গী ফমনাইবা মকোক কোনসুলশিংগী মমিংদা চহি অদুগী মমিং থোল্লি। অসুম্না রোমান পুৱারীগী থৌদোকশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইখিবা *অর্ব উর্বে কোন্দিতা* (এয়ুসি) ৭৫৩ দিসেম্বর ২৫ দা ষিসু

খৃষ্টনা পোকখি হায়না ইরম্মী। কংলৈবাক্কী কুমশীং ওইনা মলিয়া ফম্বালচাগী কুমশীংবু শীজিন্নরি। ঙসিমক মালিয়া কুমশীং ৩৪০৩ ওইরি। অদুবু মীতৈ খুৎপায় গনিট শাস্ত্রদা য়ুম্ফম ওইরগা মীতৈ চৈরাউবা হায়না ষ্টেটকী ওইনা চত্থরকপা ঙমদনা লৈরি। নোঙ্গাখ্রবা পণ্ডিট অচৌবা ঙারিয়ানবম কুল্লচন্দ্র সিংহনা অইবগা তোঙাননা উন্নজখিবা মতাঙ অমদা অসুম্না থম্বীখি ঃ "হিন্দু চৈরাউবা অসিমক নুংগী হৌরকফমদি মীতৈগীনি। নুমিৎ মশীং শুই নৎত্রগা শুদে হায়নরিবসিগী ৱাদনি। করিগুম্বা মতম অমদা মীতৈ খুৎপায় তশেংনা লৈরক্লবদি অদুগুম্বা গনিট শাস্ত্রদা য়ুম্ফম ওইরগা মীতৈ/মৈতৈ চৈরাউবা ওইনা তৌনরকখিগনি। লৈরিবা ৱারী ৱাখোঙশিং অসি মরী শমজিন্নবা ঐখোয়গী নহাশিং য়াম্না উন্নজনিংঙি। হংলদ্রবদি তাকহৈদে। লির-লিরবা অথুপ্পশিং অসে অনৌবা মীরোলগা শম্নহৌররোই হেক খল্লুবদা ওঙ্খোক্রা বাই। ঐখোয়সি ময়াং মীতোপ ওলহৌরগদ্রা হায়বগী য়াম্না ৱাই।" অদুনদি কংলৈ কুমশীং ওইরিবা মালিয়া কুমশীং অসিগী গনিট শাস্ত্রদা য়ুম্ফম ওইরগা মীতৈ চৈরাউবা পাঙথোকপা চুম্মি হায়নসি পণ্ডিটশিংনা য়াবিগদবা ৱাফম ওইগনি। তৌবদবু মদুনা মণিপুর নেসনেলিজমগী ঈচেল পামদবশিংনা ফীভম অসিদসু য়ানিংগদবদি লৈত্রে। খুদমদি, ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা শকাব্দ, চন্দ্রাব্দ অমসুং কলি আব্দ কৌবা কুমশীং কয়ামুক পূন্না শীজিন্নরম্মী। লৈবাকসিদা অহানবদা পানখিবা নিংথৌদি শ্রীনরানদগী হৌরগা, ব্রহ্মা, মোরিচিন, কাইশোপনচিংবনা মথঙ মথঙ পাল্লগা কলি কুমশীং ৩১৩৫ দা মহারাজ যবিষ্ট (পাখঙবা) না পানখি হায়না ইরি। অসুম্না হায়রিবা কুমশীং কয়া লমদমসিদা চৎনরম্লবসু মীতৈ নৎত্রগা মণিপুরগী এষ্ট্রোলোজীদা য়ুম্ফম ওইরগা মীতৈ/মণিপুরী চৈরাউবগী মফম পীরমখিদে। ৱাফম অসিমক টিসি হোডসন্না 'দ মৈথৈজ' দা শৌগৎলম্মী। শাগৈ চাউরবা বেঙ্গলি এদভাইজর অমনা চরক পুজাদগী মীতৈ চৈরাউবা থঙথরকপনি হায়বা ৱাফমদু টিসি হোডসন্না য়ানীংদে। মরমদি মীতৈ চৈরাউবনা পুথরিবা ঈনাৎকী ওইবা, শেম্মীৎলোনগী ওইবা, কুমশীং কুম্বারোলগী ওইবা পান্দমশিং তোপ-তোপ্পা ময়েক শেংঙি। শেম্মীৎলোনগী মরোমদোম লেপচনবা নাখৈ শেংনা হোৎনরি। লমদমসিগী ওইবা নাৎকী মরীদা অনৌবা মীরোল খুদিংনা মুন্না মশক খঙনা চেৎনা থাগোন্নবা পাউজেল পীরি। কুমশীং-কুম্বারোল অমদি অতৈ হীরম কয়াদা মশাগী মপাঙ্গল শাগৎচনবা, মরোমদোম লেপ্পবা পাউজেল পীবনা মীতৈ চৈরাউবগী পান্দম ওইরি।

মীতৈ চৈরাউবগী নুমিৎ মশীং শুদে হায়বা কনাগুম্বগী ৱাফম অসিদি পঙহায়-হায়বা তারক্কনি। মীতৈ থাপালোন অসি ঙসিগী মীতৈ পুম্নমক্না শীজিন্নরিবা মীতৈ কেলেন্দরনি। চহি খরগী মনুংদা নুমিৎ মশীং খরা চেন্নরবসু মনমাস হায়না থা অমমম হাপচীন্দুনা নুমিৎকী খোঙচৎকা চাননবা হোৎনরি। মসি অতৈ মালেমগী কেলেন্দরশিংনসু অদুম্মক চৎনরিবা ৱাফম্নি।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা, অতোপ্পা ধর্ম চৎপা মীতৈ খৃষ্টান, মীতৈ বুদ্ধিষ্ট, মীতৈ হিন্দুনচিংবনা নুমিৎসিদা করি তৌবা তাবগে হায়বসিনি। চৈরাউবগী থৌরম অসিদা লাইনীং-লাইশোনগী থৌরম খরা য়াওরবসু অতৈদি কলচরগী থৌরম ঙাক্তনি। অসিগুম্বা কলচরগী

থৌরমশিং অসিনা জাতিগী পান্দম পুথরকপা মরম্না মসিদা শরুক য়াবনা অচুম্বা ওইগনি। মরমদি কলচর পুদুনা লাকপা ধর্মদি অশেঙবা ধর্ম নত্তে, মদুদি লমদমদুগী মীয়ামগী পুন্সিবু নুংঙাইহন্নবা লাকপা নত্তে। অরোয়বদা, হিন্দু চৈরাওবদা শরুক য়াবা খুদিংমক্কা মণিপুরী নেসনেলিজমগী ঈচেল পামদে হায়না হায়রুবা য়াদে। হৌজিক্কী অনৌবা মীরোলগী মরক্তা মশীং থীঙমদনা য়াওবা উরক্লে। তৌবদবু মতীঙ ফুদোকপা ঙমদ্রিবা মীওইগুম্না ইমুংদনা অমা মপান্দনা অমা তৌদুনা মী অমনা অনি অনি থোকপা মীতে লাইচংনা নাহল্লিবা মীওইগুম্না শিবা ঙাইনা অসুম্না হিংনরবদি ইশাগী পোৎ অশেংবশিং মাঙখিবা তাবনি। লৈবাক নুংশিবা মাঙখিবা তাবনি। ঙসিগী লুরবা তানফমসিগী দায়ত্ব লৈরবা ঙসিগী মীতৈ/মণিপুরী অমমম ওইনবগী থৌদাংদু লৌরগে হায়না চোংথোক্লরক্তি। ঐখোয়না কাওরোইদবদি, মণিপুরী নেসনেলিজম শাগৎপদা মীতৈ চৈরাওবনা লৌরিবা থৌদাং অসিগুম্বা অমা মণিপুরগী অতোপ্পা ফেষ্টিভেল অমত্তনা ঙসি ফাওবা লৌবা ঙমদ্রি। ❑

# মালেমগী হকশেলগী নুমিৎসিদা

হকচাং ফনা হিংবা হায়বসি ঐখোয়গী হিংনরিবা পুন্সি মহিংদা ইশা খীঙনা হিংবা, থবক চিনবা, তরু-তনান্না অমদি হৈনিংনা হিংলিবা পুন্সিরোলগী পোখোক্তি । ইশাগী হকশেলদা তশেংনা থাজরিবা মীশক অদুনা কৈদৌনুংদা অদুক হক্লা লায়না লাইকোকপা ঙমদ্রবা মীশক ওইবসি কয়া উদে। ইশাগী হকশেলদা হেন্না থাজরিবগী মতীক, হেন্না চেকশীন্না অমদি ইশাবু নুংশিজনা তৌরিবগী মতীক ঐখোয়গী হকচাং ফবা হেনগৎপা অসি থেংনরি। অসুন্না, মীওইবা মপোক খুদিংমক তোঙান-তোঙানবা হীরমদা চাংদম্লিংঙাই লৈতনা মগুণ চেল্লবসু অমদি তাইবঙ মপুনা থারকপা পুন্সি ঙাক্তেনি হায়না লৌরবসু, পুক্লিং হকচাংনা মশা মউ ফনা লৈত্রবদি মায়পাকপগী থোঙ্গাল চঙশীন্দ্রিঙৈদা দম লোইদুনা তাইবঙ মপুগা করিমত্তা মরী লৈনদবগুম্না মায়থীবা হেক হেক নংবগী ব্রাফম থেংনরি। মরম অদুনা, মীওইবা মপোক অসিগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা অমদি মরুওইবা ব্রাফমদি, মীওইবগী পুক্লিং অমসুং হকচাংবু মশা মউ ফনা লৈহনবা অসিনি।

তশেংবমক্তি, মসি ঐখোয়গী মওং মরীল চুম্না হিংলিবা পুন্সিরোলদগী হৈজিং মমুন ফাদুনা হৈরাঙনা মচু ওল্লকপা নৎত্রেগা লৈরাংগুম্না লৈশাৎ তম্লকপা মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোলনি। মসিনা তাক্লিবদি, হকচাং ফবা হায়বসি মপাম্বোংগী ওইবা পোৎলম ঙাক্তনা থোকহনবদি নত্তে হায়বসিনি। মসিদি পুক্লিং ব্রাখলগা য়াম্না মরী লৈনবা ফীভম্নি। মপাম্বোংগী ওইবা ফীভম ঙাক্তনা হকচাং ফনা থম্নবগী ব্রাফম অসিদা শোয়দনা দায়ত্ব লৌবা ঙম্বা নত্তে। হকচাং ফবগী মপুং ফারবা ব্রাহম্বোক্তি নুংগী ওইবা ব্রাখল পুক্লিংগী ফীভম অশোকপা লৈত্রবা অদুবুনি। মতাঙ অসিদনি, থম্মোয়গী অৱা চৈনা ফংলিবা

কনাগুম্বনা মকা লাম্না মোমোন নোকপা শুমদে হায়রিবা। মসিনসু হকচাং ফবগী ব্রাহম্থোক পীবা লোইরবা নৎত্রি। খুন্নাইগী মীৎয়েংদা মীয়াম্বু হকচাং ফনা থম্বা হায়বসি খুন্নাইগী খনবা মীওইশিংগী অমসুং লৈঙাক সাসন তৌবা লুচিংবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌদাংনি। মসিনা মীওইবগী হকচাংগী ওইবা নিয়মগী মতুং ইন্না ইনফম থোকপা মোরেলিটিনি অমসুং লুচিংবশিংগী তঙায়ফদ্রবা ওল্লিগেসন্নি।

তশেংনমক ঙসিগী চাওখৎলবা অনৌবা মতম ওইদুনা মী অয়াম্বনা লাইরিক হৈনরবসু নোংমা নোংমগী মীশিং য়ামশিল্লকপা মীয়ামগী নিতি চুমদবা পুন্সি মহিংনা অমদি মহৌশাগী খল কায়হনবা থৌওং কয়ানা মরম ওইদুনা মীওইবা কৌবা ব্রাখল লৈরবা লাইগী মশক ওইরবা কাঙলুপ অসিগী পুন্সিমক্তদা য়াম্না শাথীনা শীঙনরক্তুনা অকায়বা পীরক্লি। ঙসিগী চাউখৎ থৌরাংগী মিংদা মালেমগী নুংশিৎ নুংশা শেংহল্লক্তবা অমদি পুন্সিরোল হোংনরকপা, সেল্ফ সেন্টর ওইনরকপা, থবক কা হেন্না চিন্নরকপা, হকচাং শাজেল অমদি পোত্থাবা ব্রাৎনরকপা, মতম পুম্বদা কোক শাদুনা লৈবা পুন্সি ওইনরকপা অমসুং নিতি চুমদনা অমদি পোত্থাফম খঙদনা লৈবগী হৈনবী পুন্সি মহিং ওইরকপনা লায়না লায়থুং ঋয়া পক্লবক্লিবা হায়বদি, মীওইবগী হকশেলদা অকায়বা পীরক্লিবা অসিমক খুন্নাইগী অমদি লৈঙাক সাসনগী থবক তৌরিবশিংগী দায়ত্বদগী নাম্থোকপা য়াররোইদবা অমনি। মরমদি ব্রেলফেয়র সোসাইটি/ষ্টেট অমা ওইবগী মায় পাক্লবগী ইকোন-কোনবা এনালায়সিস অমদি খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদাংদি মীয়ামগী পুক্লিং হকচাংবু অমসুং খুন্নাইবু মশা মউ ফনা থম্লবা হোৎনবগী মীৎয়েং অসিনি। খুন্নাই অমগী চাওখৎ-থৌরাং পায়খৎপগী থবক পুম্নমক অসি কাইনথঙদদি মীওইববু হকচাং ফনা থম্বা, নুংঙাই য়াইফবা অমদি কান্নরবা তাইবঙ পুন্সিগী মীশিং হেনগৎহনবা অসিবুনি। মীৎয়েং অসিদনি, ব্রাফম অসি মীওইবগী ফন্দামেন্টেল রাইট ওইনা কনষ্টিট্যুসন্না গরেন্টি তৌগদবনি হায়রিবা।

**ব্রার্ল্ড হেলঠ ওর্গেনাইজেসনগী** অলমা-অটাদা ফমখিবা দিক্লারেসন অদুনসু ব্রাফমসিবু শৌগৎলি। "…. হেলঠ হায়রিবা পুক্লিং হকচাং অমদি খুনাইগী মপুং ফানা নুংঙাই-য়াইফনবগী মরম ওইরিবা অসিমক লায়না চঙহন্দনবা অমদি পুক্লিং শোন্থবগী ফীভম লৈহন্দবদা নত্তনা মীওইবগী তঙায়ফদনা ফংফম থোক্লবা হক (ফন্দামেন্টেল হ্যুমেন রাইট) অমনি; মসিবু খ্বাইদগী ব্রাংবা চাংদা পান্দম ফংনবা হোৎনবা অসিনা খ্বাইদগী মরুওইরবা মালেমগী খুনাইগী ওইবা পন্থুংনি, অমসুং মসিবু থবক ওইনা ওন্থোক্লবা চঙশিনবা তাবদা হেলঠ সেক্টরগী মথক্তা অতৈ খুনাইগী অমসুং ইকোনমিক সেক্টরশিংগী মায়কৈদগী থবক ওইনা চঙশিনবা মথৌ তাই…।"

অলমা অটাগী কনফরেন্সদা ইন্দিয়াগী মীহুৎনা হেলঠ অসি ফন্দামেন্টেল রাইট ওইহনগদবনি হায়না লাউথ্রবসু ইন্দিয়াগী কনষ্টিট্যুসন্না ময়েক শেংনা ফন্দামেন্টেল রাইট ওইনা গরেন্টি তৌবা লৈত্রি অমদি চূমশীন্নবা খোঙজং চথদ্রি। *নেসনেল হেলঠ পোলিসি (১৯৮২, ২০০২)* না ইন্দিয়াগী কনষ্টিট্যুসন্না পীবা প্রোবিজন অমসুং ডাইরেক্তিব খরগী ব্রাফম পল্লবসু তশেংনা ফন্দামেন্টেল রাইট ওইনা গরেন্টি তৌদ্রি।

কনষ্টিট্যুসনগী আর্টিকল ৪৭ কি ডাইরেক্টিব প্রিন্সিপল ওফ ষ্টেট পোলিসিনা হায়রি ঃ ***"ষ্টেট (ময়োল লৈঙাক) কি মথৌদাংদি ন্যুট্রিসনগী চাং ব্রাংখৎহনবা অমসুং পুন্সি মহিংগী থাক ফগৎহনবা অমদি মীয়ামগী পব্লিক হেলঠ, প্রোহিবিসন চৎনহনবগী ফীভম ফগৎহনবা.... অসিনি।"*** মসিমক্লা লায়রবা অমসুং অমোৎপা লৈবাক ওইরিবা ইন্দিয়ানা হেলঠ প্রোব্লেম শাথীনা মায়োক্লরি অমসুং মাঙদা চৎখৎপা ঙমদনা লৈরি।

হকশেলগী মরীদা যুম্ফম ওইরগা মীয়াম্বু এব্রার্নেস পীবগী থৌওংদা কম্যুনিটি ইনিসিয়েটিব অমসুং পার্টিসিপেসন তৌহন্নবা হোৎনবগী ব্রাফম অসি হৌখিবা চহী খরগী মনুংদা মণিপুর কন্টেক্সতসু উবা ফংলক্লি। ***ইন্দিয়ান মেডিকেল এসোসিয়েসন (আইএমএ),*** মণিপুর ষ্টেট ব্রাঞ্চনা শীন্দুনা হৌখিবা চহীশিংদা ***'মালেমগী হকশেলগী নুমিৎ'*** পাঙথোকখিবা অমসুং থা ৩/৩ গী ওইবা চেফোঙ ***'হকচাং পাউজেল'*** পুথোক্লুনা মেডিকেল অমসুং হকশেলগী মরীদা ব্রারেং কয়া ইদুনা মীয়ামদা এব্রার্নেস পীরকপা অসিমক থোইদোক্লা পনবা য়াই। হান্না লুপা ৫ দং পীরম্বদগী হৌজিক্লা লুপা ১০ পীরবা চেফোঙ অসিদা ডাক্তরশিংনা মাগী মাগী স্পিসিয়েলাইজ ওইরবা তোঙান তোঙানবা হীরমদা য়াম্না মমুৎ তানা ইরি। থোইদোক্লা শীংথাবা য়াবদি, ***আইএমএ***না শীন্দুনা হৌখিবা চহীদা ***'রোড সেফটি'*** হায়বা থিমদা ***'মালেমগী হকশেলগী নুমিৎ'*** পাঙথোকখিবা অমসুং মীয়ামদা এব্রার্নেস পীনবা লীশাং শিংনা হোৎনরকখিবা অদুনি।

মশা মউ ফবা মমানা মশা মউ ফবা মচা পোকই, তীনজেন লাইচেন্দবা ওইবনা মচাবু শেম্নিংবদা শেন্থদা (ইনভেষ্টমেন্টদা) লায়না ওইথোকই, ইকোনমিক ওই, খনাইগী কান্নরবা পোত্থোক ওই, জাতিগী অরংবা তুংলমচৎ শেম্বগী অমত্তা ঙায়রবা। মীরোল্লিঁৎদা চেকশীনগদবা, অঙাং উনবদা হোস্পিটাল ডিলিবরি চামদা চামা তৌগদবা, চাইল্ড হেলঠ কেয়রদা মফম মতম চপ-চপ চানা য়াম্না হকচীনবা মওংদা লৌখৎকদবা খিবিক অসিনি। মহৌশাগী ওইবা চৎনবীদা মাইবীনা হোম দিলিবরি তৌবগী খুদোংথীবা, মেলন্যুট্রিসন, মমা ওইবীগী এডুকেসননচিংবা তঙায়ফদনা পীফম থোকপা, তৌফম থোকপশিং অসি শোয়দনা তৌবা অসিনি।

মায়কৈ খুদিংমক্তুগী মেডিকেল এন্দ হেলঠ কেয়র অসিদা শৌগৎপা, তেঙবাংবা অসি তৌনদ্রবদি মপুং ফানা মায়পাকপা ঙমদবগী ব্রাফম অমদি লৈরি। লায়রবগী লৈই মখাদা লৈরুবনা হীদাক লাংথক লৈবা ঙমদবা, হীদাক ফাপ্পা ঙমদবা, পব্লিক হেলঠকী টৌটি ঈশিংদা ক্লোরিন য়াম্না থাকচীন্দুনা নৎত্রগা পব্লিক হায়দ্রেন লিক ওইদুনা অমাং অশোয় কয়া পাইপদা চঙখিবা, নিতিগী চঙদবা য়াদ্রবা পোৎলমশিংদা য়ানশিল্লিবা, কৈথেলগী অপুম্বা মনম মরক্তা ঙা চাক্লচিংবা চান-থক্লবা য়োল্লিবা অসিনচিংবা অসি নীংথিনা য়েংশিন্দ্রিমখৈ অমসুং চপ চাবা থবক লৌখৎত্রিমখৈ মায়কৈ অমখক্তুংদগী তৌরকপা থবক থৌওং অসি নাকল নামগী খুবাক খুৎখু তাখিগনি। মাঙদা তারিবা হেলঠ প্রোব্লেম অসি কোকহনগে হায়রবদি লমদমসিগী ঐখোয় মীয়ামগী হৈনবী অমদি পুন্সি মরেলদা চৎনরিবা কয়া অসিগা মরী লৈননা মমুৎ তানা থিজিনবা অমদি লৈঙাকপা লুচিংবশিংনা পুকচেল শেংনা চপ চাবা থবক পায়খৎপা মথৌ তাই।

লমদমসিগী মেডিকেল অমসুং হেল্‌ঠ কেয়রগী থবক্তা শীজিন্নরিবা মীওইশিংগী অপুনবা মেনপৱার অসি অমুক হন্না য়েংশিনদুনা হকশেলগী ওইবা অচুম্বা সিষ্টেম অমা পুরকপগী মথৌ তারি, থবক খুত্তৌদা হোংদোকপা অমা চঙলি। মমা অমসুং অঙাংবু মশা-মউ ফনা থম্বা হায়বসিগী ভুমখৈদি চাবোকশঙ অমসুং নাউশুমখক্তং লিংলগা লোইরবা নত্তে। মদুনা ময়োল ওইরগা মরী লৈনবা লোয়শঙশিং অমসুং খুনাইনা সেন্ট্রিপেটল ফোর্স ওইনা ঈ পীশিল্লগা ফিজিকেল অমসুং মেন্টেল হেল্‌ঠ শেমগৎপা অসিতংনা মায়পাক্কনি। অহানবমক্তদা, হৌজিক লৈরিবা মেডিকেল অমসুং হেল্‌ঠ কেয়রগী লোয়শঙশিং অসিগী মেনপৱার অসি পাক চাউনা রিওরেন্টেসন তৌদুনা মেডিকেল এন্দ হেল্‌ঠ কেয়রগী ইন্টিগ্রেটেড সিষ্টেম অমা লিংখৎলগা সেনিটেসন, ম্যুনিসিপালিটি সিৱেজ, এনবাইরনমেন্ট, থক্লবা ঈশিং, চীঞ্জাক অমদি লায়রবগী প্রোগ্রেমশিংবা খিবিক অসি কোকহন্ননবা শেম শারসি। ❑

# ওৎপী নৈবীরবশিংগী নুমিৎ

## জুন ২৬

ওৎপী-নৈবিবা হায়বসি মীওইবগী হকপু য়াম্না চাওনা খোঙগাওনবা অমনি। মীওইবা খুনাইগী মথক্তা চৎথবা ক্রাইম অমনি। মসিবু লৈবাক-লৈবাক্কী অমসুং মালেমগী লো খূদিংমক্না থিংই। অদুম ওইনমক মসিবু মুত্থৎনবা অমদি ঙাকথোক্লবা লৈবাক-লৈবাক্কী ওইবা অমসুং মালেমগী ওইবা মীফমশিংনা অয়াবা পীনরক্লবসু অয়াম্বা গবর্ণমেন্টশিংনা ওৎপী-নৈবিবগী মীনুংশি য়াওদনা চৎথরিবা থৌদৌশিংগী মীচঙ ওইদুনা লাক্লি। হৌখিবা মীরোল অনী অহুমগী মনুংসিদা মীওইবগী হক কনবা লুপ কয়ানা অমসুং মদুগী থবক তৌবা মীওই কয়ানা ফনা কন্না হোৎনদুনসু ওৎপী-নৈবিবগী থৌওংদি অসুম লেপ্তুনা চত্থরি।

ওৎপী-নৈবিবগী চৈথেঙ ফংলিবা ভিক্তিমশিং হায়রগা নুপী অঙাঙশিংগী মফমদা চৎথবা, নুপীনা নুপীদা চৎথবা *ডোমেষ্টিক টোর্চর*, লৈঙাক ৱায়েলগী খুত্থাঙদা চৎথরিবা অমদি মরাল লৈবশিংবু চৈরাক পীবগী মরীদা চত্থবা থৌওংশিং অসিনি। লৈঙাক ৱায়েলগী মরীদা অমনা অমবু নমথবনচিংবদা চৎথরিবা পোলিটিকেলগী ফাদোকশিং অসি ফাওবা ভিক্টিম ওইরি। *এম্নেষ্টি ইন্টর্নেসনেল* অমদি মীওইবগী হক কনবা অতৈ লুপশিংনা ক্রিমিনেলনি হায়না চিংনবশিং, লাঞ্জেনবশিং, ইঠনিক মাইনোরিটিশিং, চঙজফম লৌরিবশিং য়াওনা খুনাইগী শোখহৌরবা কাঙলুপশিংগী মীওইশিংদা তাথী-তাওইনা তৌবীবা অমদি, ওৎপী নৈবিবা থোক্লিবা থৌওংগী মতাঙদসু থোইদোক্না মিৎয়েং চিংশিনখিবগী ৱাফম লৈরি। হায়রিবা মীওই

কাঙলুপশিং অসি থোইদোক্লা লৈত-লায়রা ওইগনবা অমদি মখোয় মশামকপু ঙাকথোকচনবা মতীক চাবা উপাই অমদি লৌশিং লৈগন্দবা ওইনা তৌই। মসিদা মরুওইনা থম্বা তারিবা মিৎয়েংদি, মীওইবগী হক ঙাক্তুনা থম্বা হায়বসি মীপূম খুদিংমক্কী মফমদা চৎনগদবনি হায়বসিনি।

এম্নেষ্টি ইন্টর্নেসনেলনা ইং ১৯৯৬ ওক্টোবর ৪-৬ দা ষ্টোকহোলমদা চথখিবা কনফরেন্স অদুনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা অমসুং সেক্সুয়েল এব্যুজ অসিদা মীৎয়েং চিংশিনখি। সেক্সুয়েল টোর্চরনা মীওইবগী অরোন-অথুপ শোকহনবদা নত্তনা চৈনাখোল ফংলবা ভিক্তিম অদুগী মগুন্দা অমসুং খুনাইগা শম্নবগী পুক্নিদা য়াম্না শাথীনা শোকহনবা অসিনি। অদুবু থৌওং অসি খুনাইগী চৎনবী নাৎকী লীক্লমদা মরা তাদুনা শোকহৈদে-তৌহৈদে হায়বা অথিংবশিংনা উকল ওইনা য়োমশিন্দুনা লৈ। থোইদোক্লা অৱাবগী মশক্তি, নুপা নৎত্রগা নুপী ফাদোকশিংবু অমদি লমদমসিগী নুপী-নুপাশিংবু সেক্যুরিটি ফোর্সনা ইজ্জৎ মাঙহনবিবগী মীওৎ মীনৈ চৎথরিবা অসিনি।

ঙসি য়ুএননা শৌগত্তুনা ওৎপী-নৈবিরবশিংগীদমক্তা মালেমগী লৈবাকশিংনা কন্না হোৎনরক্লবা মতমসিদা অমসুং ইণ্ডিয়া ফাওবনা লো অসিবু য়াদুনা শৌগৎখ্রবা ফাওবদা ইণ্ডিয়াগী লৈবাক মণিপুরদা ঙসি সেক্যুরিটি ফোর্সকী চৎথরক্লিবা মীওৎ মীনৈনা চয়োল কাংদনা মীকপ মীরাউখোল তাহল্লি। ফাখ্রগা থিবা খঙহন্দবা, নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা, প্রাইভেট পার্ট অমদি শোকহৈদবা হকচাংগী মফম কয়া থুদেক্তুনা মাঙহনবা, ফৈজৈ চিংবা অমদি শিবা য়ানা ফুদেক্লগা লম্মাংদা হুন্দোক্লম্বা অসিনচিংবা অসি ইণ্ডিয়াগী সেক্যুরিটি ফোর্সনা মণিপুরদা চৎথরিবা ওৎপী নৈবিবগী থৌওংনি। মসি মনীংতম্বা লৈবাক মচা অমা ওইরম্বদগী ইণ্ডিয়াগী ফীবান্নুংদা নম-হাদুনা চিংশিনবিখ্রবা নুমিত্তুদগী হৌনা লোইলম লৈঙাক্কী পরীঙদা লৈঙাক ৱায়েল লাকখিবদগী হৌরগা অৱাংবা থাক ফংনবা অমদি নীংতম ঈচেল ফংনবা ঈহৌগী খোল্লাউশিং লাকখিবা অদুবু তমথীনা নমথনবা হোৎনবগী মহে ওইনা ইণ্ডিয়াগী মীওৎ-মীনৈ লাকখিবনি। লেপ্পা লৈতনা থোকহল্লিবা মীওৎ-মীনৈ অসিনা মীয়ামগী পূক্নিংদা পীরিবা অকীবা, থাজনদবা, নুংশিনদবনা মীওৎ মীনৈগী চাং নোংমা-নোংমগী হেনগৎলকপগুম তৌরি। পীরক্লিবা চৈনাখোল অদু খাঙজিনবদা নত্তনা, তুংদা অমুক হন্না ফগৎলক্কনি হায়না আশা তৌবা ঙমদ্রবা ঙসিগী লৈঙাক্লোন অসিনা পীরিবা ৱাখলগী অৱাবা মপৈ-মপৈনা লমদমসিগী অপূনবা মীয়ামবু কুপশিন্দুনা থমলিবগী চমম্নরবা অৱাবগী পনখৈ মনুংদা হেক পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ফাওবা তোঙান তোঙানবা শিনফম ওইহন্দুনা মুক্লহল্লকপা অমদি খুনাইগী মনুংগী, লৈবাক মনুংগী মুক্লবা কয়া অসিনা খম থেংনা ফৎত্রবা লৈঙাক ৱায়েলগী মীওৎ-মীনৈগী মথক্তা খুনাইগী অমসুং ঈমুং মনুংগী ওৎপী-নৈবীবা কয়াগী লেপনাইদ্রবা মীকপ মীরাউগী তেংথাখোলনা মায়কৈ শীন্না নিল্লি, নোংমা কাংদনা থোক্লি। খমথেংনা তরক তাহনবিরবা নমথবিরবা লমদম অসিগী মীয়াম্না ওৎপী নৈবিবগী অৱা চৈনা খাঙদুনা লাক্লিবা খোঙচৎ অসিগী তৎকদৌরবা খোঞ্জেল মরক্তা মীওইবা ওইনা হিংবগী অমসুং নীংখা তম্বগী য়ুমফম থোনবগী হোৎনজমল অমখকসু মরা তাশিন্দুনা মরু পোকখায়খ্রে।

মতম খরগী মমাঙদগী হৌনা লমদমসিগী মরমদমগী ওইবা মীওইশিংনা মশা মশাগী ঈ, শদোঙ অমদি মপূক্নি মন্তিক্লদুনা ডিমোক্রেসি লৈত্রবা ডিমোক্রেসিগী লৈবাকসিদা

ডিমোক্রেসিগী খোঞ্জেল থোক্লম্ব্রে। মীওইবগী হক কনবা মীওইশিং, কাঙবুশিং অমসুং লুপশিং থোরকপদা ঙায়রিঙৈ ষ্টেট অমসুং নন-ষ্টেট ওথোরিটিশিংনা লান্না উবদগী মপুঙ্গি ফাওবা কেমহনখিবা য়াওব্রে। হায়রিবা লুপশিং অসিগী মনুংদা *হ্যুমেন রাইটস এলর্ট, ইম্ফাল* পনবা য়াই। মীওইবগী হক কনবা মালেমগী ঈহৌদা শরুক য়াদুনা লৈবাকসিগী মীয়ামবুসু য়াওহন্নবা হোৎনবদা কখোকপগা লোয়ননা চঙশিল্লিবা, হক্কা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া ফোঙবা, থৌরম কয়া পাঙথোকপা অসিদা নত্তনা *'ফেমিলি ওফ দি ইনভোলুন্টরিলি ডিসএপিয়ার্দস এসোসিয়েসন (ফিদম)*, লিংখত্তুনা লমদমসিগী ফীবুল নম্লবা মীওং মীনৈগী লানফমদা চোংশিল্লকপা অসি শীঙথাদবা ঙম্নরোয়দবা অফবা থৌওংনি, পুৱারীগী মচল অমনি। হৌখিবা জুন ২৩ দা লুপ অসি *ইণ্ডিয়ান ট্রষ্ট এক্ট ১৮৮৮* গী মখাদা ট্রষ্ট ওম্থোক্লবা ৱারেপ লৌখিবা অসিনা নিও কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্লোন অসিনা লেপ্পা লৈতনা পীরকখিগদবা 'মী ফাম্বগা মাঙহনবা ইমুঙ' শিংগীদমক্তা নত্তনা মীয়ামগী লমজিং মৈরা ওইরগনি।

অদুগা, ওৎপী-নৈবিববু হোংনবা তাবগী অহোংবা অমদি ফগৎপা মওং অমা পুরক্লবা মালেমগী থাক্তা হোৎনবা তারবদি এনজিও অমসুং মীওইবগী হক কনবা কাঙবুগী মীওইশিংনা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং লৌগদ্দনি হায়বসি মালেমগী কনবেনসন খুদিংমক্তা হায়খ্রবা ৱাফমনি। ওৎপী- নৈবিবগী মায়োক্তা চৎথবা অনৌবা খোঙথাংশিং অসি ফগৎহনবগা লোয়ননা সেমিনার, ৱার্কসোপ, কনফরেন্সনচিংবা নৈন-মীফম পাঙথোকপা য়াম্নমক মথৌ তাই হায়বসিনা এমনেষ্টি ইন্টর্নেসনেলগী মোতনি। মসিমক পব্লিক ওপিনিয়ন শাগৎপা অমসুং মীয়ামদা ভাব তাহনবগী শরুকনি। ওৎপী-নৈবিববু হোংনবদা চঙলিবা ইন্টর্নেসনেল এক্সন, নেসনেল এক্সন অমদি পুলিসকী শিনফম ওইনা পাঙথোক্কদবা থৌদাংশিং অসি লমদমসিগী লৈহাওদদি মতীঙ লৈনা হিংহনবা মথৌ তারি।

করিগুম্বা মফম অমদা ওৎ-নৈবা চত্থরবদি, হক কনবা লুপ অমনা হেক্তা চঙশিন্দুনা তৌনরি, মায়োক্লরি। মতৌ অসুমনা ওৎ-নৈবদগী কন্ননবা মালেমগী থাক্তা লৈবা এনজিওশিংনা জাতিগী থাক্তা লৈবা এনজিওশিং অমসুং আইজিওশিংগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবা ঙম্বগী ওইথোকপা য়াম্না ৱাংনা লৈ হায়বসি *য়ুরোপিয়ান কনবেনসন ফোর দি প্রিবেনসন ওফ টোর্চর* না এক্সপার্ট কম্মিটি অমা ওৎ-নৈফম অমদি ডিটেনসন তৌরিবা মফমশিংদা থাদুনা মায়পাক্লা চত্থরিবা অসিনা তাক্লি। অদুগা ওৎ-নৈবা অসি তৌদনবা হোৎনবগী উচল মনুংদা এনজিওশিংনা যুএন অমদি অতৈ আইজিওশিংদা তোঙান তোঙানবা লম্বীদা ইথিল কয়া পীবা ঙম্বগী ওইথোকপসু ৱাংনা লৈরিবনি। এনজিওনা ঙম্বগী মতীক হায়রবদি, নৈন-মীফমশিংদা মরুওইবা থৌদাং লৌবা ঙমলিবা, মীয়ামদা চেরোল কয়া থোকপা ঙমলিবা, ওৎ-নৈবগী মরীদা পেন্দবা ৱাকৎনচিংবা অমদি গবর্ণমেন্টকী ঈ-পাউগী মথক্তা হাপচিন্দুনা ঈ-পাউ পীবা ঙমলিবা অসিগী মরম্না ওৎ-নৈবা থোক্তনবা মরী লৈনবা ওথোরিটিশিংদা তকশিনবা অসিনচিংবা ঙমফম থোকই। আইজিওশিংগী থবক থৌওংশিংদা এনজিওশিংনা য়াওবা য়াহনবগী খেৎনবা মোত খরা লৈরবসু অনৌবা ৱাফম নৈনবকপা অমসুং চে ইনরকপা অমদি অকক্লবা ফীভমশিংগা মরী লৈননা পাঙথোকপা নৈনবা মীফমশিংদা শরুক য়াহন্নবগী অয়াবা পীবা *কন্সলটেটিব ষ্টেটস* অদু য়ুএনগী নিয়ম মনুংদা

এনজিও খরদা পীরিবনি। অদুমকপু এনজিওশিংবু য়াওহনবগী চাং অসি লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা *আইজিও সিষ্টেমশিংদা* খেৎনবা লৈতবদি নত্তে। খুদম ওইনা য়ুরোপকী নিয়মদা, ওৎ নৈবিরবা মশামক্তা নৎত্রেগা মাগী মীহুৎ খক্তনা ব্রাকৎ থাঙ্গৎপা য়াহনবা মতমদা *ইস্টর অমেরিকান সিষ্টেম* দদি লনাই মীওইশিংনা নৎত্রেগা লুপশিংনা ব্রাকৎ চে লানখৎপা য়াই।

মতৌ অসুম্না, এনজিওশিংনা অনৌবা ব্রারেপ লৌবা মীফম কয়াদা অমসুং ইন-চে পাঙথোকপদা য়াম্না মরুওইবা থৌদাং লৌবা ঙমফম থোক্লি, লৌনবসু লৈরি। মসিগী ময়েক লারবা খুদমদি, ওৎ-নৈবগী মায়োক্তা এম্নেষ্টি ইন্টরনেসনেল কেম্পেন মায় পাক্লা চথরিবা অসিনি। মরম অদুনা এনজিওশিংগী য়াম্না মরুওইবা থৌদাংদি ঙসিগী লৈরিবা নিয়মশিং অসি থবক ওইনা মপুঙ ফানা, মায় পাক্লা পাঙথোক্লবা হোৎনবনি অমসুং অতৈ তোঙান তোঙানবা মীওইবগী হক কনবা লুপশিংদা লিগেল ওপিনিয়নশিং পীশিন্দুনা থবক ওইনা পাঙথোকপা অদুনি অমদি, থোইদোক্লা পাকচাওবা মওংদা মালেমনা ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবা মালেমগী ব্রারেপশিং অসি থবক ওম্থোক্লবা হোৎনবদা লমদমসিগী মীয়ামগী তেংবাঙ ফংনবা হোৎনবগা লোয়নননা মালেমনা শকখঙবিনবা হোৎনদুনা পাঙ্গল চাওহৌবা অসিনা ওৎপী নৈবিরবশিংগী উপাই হায়বদু ওইগনি। ❑

# মালেমগী এইডস নুমিৎ

ঙসিগী মীওইবা খুন্নাইনা পুল্লপ পূন্না থেংনমিন্নরিবা তমথীরবা লান্দি এইচআইভি/এইডসনি। তাইবঙপান অসিগী মপু ওইনবা হোৎনরিবা মীওইববু মাগী খয়াত্তা চাকথাক ওইনা হল্লি। মীওইবনা হিংলিবা পুন্সি মহিংদা তমথীনা শীঙনরক্লিবা য়েক্লবা অমা ওইরি। মহাক্লা লেপ্লা লৈতনা মী হাৎলকপনা য়ামদ্রবদা মিল্লিয়ন ২২.২ লৈবা নোথ কোরিয়াগুম্বা লৈবাক অমগী মীওইশিং মহাক্লা তুম্না হাৎখ্রে, মহাক্লা য়োৎখ্রে। ঙসিমক মালেমগী ওইনা নুমিৎ খুদিংগী মীওই ৮০০০ এইডসগী খায়াত্তা তাদুনা শিরি, মিনিট খুদিংগী মীওই মঙা মঙা শিরি। অদুগা মীওই ১৪০০০ দগী ১৬০০০ ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী এইচআইভিনা নারি। মসিগী মনুংদা চাদা ৯০ দি চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদগী ওইরি। ঙসিমক এইচআইভি পল্লবা মীওই মিল্লিয়ন নিফুগী মরক্তা ঐখোয়না হিংলি।

তমথীরবা লায়না অসি লৈরে হায়না ইং ১৯৮১ দা খঙদোকখিবগা লোয়নননা ইং ১৯৮৮ জানুৱারীদা মালেমগী লৈবাক ১৪০ গী হেল্‌ঠ মিনিষ্টরশিংনা এইডসকি মরীদা খন্নরবা মতুংদা ওক্টোবর ২৭, ১৯৮৮ দা পাঙথোকখিবা য়ুএনগী প্লিনারি মিটিংনা ডিসেম্বর ১ বু (১৯৮৮) মালেমগী এইডস নুমিৎ হায়না পাঙথোকপদা য়ানখি অমসুং মখা

অনা নুমিৎ অসিদা অনৌবা থিম কয়াগী ব্রাশক্না লোয়ননা পাঙথোক্তুনা লাক্লি। হন্দক্কী থিমদি ‘এইডস থিংজু, ব্রাশক ডাকউ’ হায়বা খোল্লাওগা লোয়ননা চঙ-শিল্লি।

মণিপুরসু লায়না লাইচৎ অসিগী শাথিরবা চৈথেং নংলক্লি অমসুং হেন্না হেন্না নংলকখিগদৌরি। মসিগী মরম অমদি ঐচআইভি/এইডস নাহল্লিবা হেরোইন ড্রগ পুথোক পুশিনগী মালেমগী ওইবা লম্বী অমা মণিপুরদা ওইখিবদগীনি। মালেমগী হেরোইন ড্রগ পুথোকপদা চাদা কুন ওইরিবা গোল্ডন ট্রাইঙ্গল হায়না খঙনরিবা ম্যান্মার, থাইলেণ্ড অমসুং লাউজগী মরক্তা লৈরিবা মফম অমা মণিপুরগা নকশিন্নবা অমসুং তুমিন্না ফাওদোক ফাওজীন তৌবদা খুদোং চাবদগীনি। মসিদা নত্তনা ইণ্ডিয়াগী লৈঙাক ব্রায়েলগী থৌদাং পাঙলিবা মীওইশিংগী মরক্তা হেরোইন পুথোক-পুশিন্দা চাউরবা খূৎ য়াওরি হায়না লৌনরি। ওফিসারদগী হৌরগা য়ুনিয়ন মিনিষ্টর ফাওবনা লম্বী অসিদা লাক্লগা হেরোইন পুথোক-পুশিন তৌই হায়নরি। মণিপুরদসু অদু মঙায়। মন্ত্রিশিং ফম্নাইবশিং মোরে চত্তুনা অসিগুম্বা থবক তৌই হায়বগী থাজবা লৈ। হৌখিবা চহী খরদা এক্স মিনিষ্টর অমা কোলকত্তাদা হেরোইন পাউদরগা লোয়ননা ফাখিবগী ব্রাফম লৈ। হৌজিকসু হেরোইন ফাপ্ত্রগা সুগর নৎত্রগা অতৈ পাউদর ওল্লম্বা তোয়না থেংনরি। অসিগুম্বা লৈঙাক ব্রায়েল্লিবা মীওইশিংগী মবুক শেংদবদগী ড্রগশিং অসি লমদমসিদা মরাং কায়না ফংহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা ড্রগ কাপ্পা-চাবশিংনা ইহান হান্না ঐচআইভি/এইডস পাক চাউনা শন্দোরকখিবনি।

হৌজিক মণিপুরদা মীওই ১, ২৯, ২১৩ দা চাংয়েং তৌবদা মীওই ২০, ৯৮০ দি ঐচআইভি পোজিটিব ওইরে। মসিগী মনুংদা নুপী ৪, ২১৬ নি অমসুং এইডসনা নারবা মী ৩,৫৩৭ নি। ডেটা অসি সেপ্টেম্বর ১৯৮৬ তগী সেপ্টেম্বর ২০০৫ ফাওবগীনি; মথক্কী সেরো-সর্ভাইলন্সকি দায়েগ্রাম য়েংশি ঃ

পোজিটিব ওইরবা মীশিং অসি ইম্ফালদা মীওই ৯৯৮৪, থৌবালদা ১৪২১, বিষ্ণুপুরদা ৮৬৫, চুরাচান্দপুরদা ১১৬৫, উখ্রুলদা ৮৩৪, সেনাপতিদা ৬৫৩, তমেংলোংদা ৫২, চান্দেলদা ৬৪৫, ডিষ্ট্রিক খঙহৌদবশিংগী ৩৬০ পূন্না ১৫৯৭৯ নি। মসিগী মনুংদা চহী ১০ ফাওবগী অঙাং মশিং ৪৫০; চহী ১১ দগী ২০ ফাওবগীনা ৮২০ নি। অদুগা ১৯৯০ দগী ২০০৫ ফাওবগী মনুংদা রিপোর্ট তৌরকপা এইডস পেসেন্ট ৩৫১৫ নি। মসিগী মনুংদা ৫০৫ লৈখিদ্রে। হৌজিক হৌজিক এইডস পেসেন্ট ৩০১০ ঐখোয়গী ঈরক্তা হিংমিন্নরি।

অদুবু ডেটা অসি ককনীংঙাই লৈতনা পূঙচুম চুম্লবনি হায়বদি নৎত্রি। মসিদি রিপোর্ট তৌরকপা ঙাক্তগীনি, অতৈ রিপোর্ট তৌরক্তবা কয়া অমা লৈরি। ইং ১৯৮৬ তগী হৌনা এইডসনা নারক্লিবা অমসুং নাদুনা লৈখিদবা মীওইশিং সহর অমসুং অরাপ্পা খুঙ্গংশিংগী মচী মচীদা পোৎলোয়বগী মৈখুনা পুম্মম মমদুনা লাকখিবা মী পূন্নমক্লা উনরবা খঙনরবা ব্রাফমনি। অকি-হঙ্গোইবগী ষ্টিগমা অসিনা লান্না উহন্দুনা মখোয়গী মশিং অসি লেপথোকপা ঙমদনা লৈরি, মসি খুন্নাইগী অমাঙবনি। করিগুম্বদা ষ্টিগমা

অমসুং দিসক্রিমিনেসনগী লৈচিল অসি হাইদোক্নুনা মশিং চপ চানা লেপথোকপা ঙম্লম্লবদি মেক্সকী রেকোর্ড অসি য়াম্না হেন্নমগনি। অসিমদি লাল্লরোই। ষ্টিগমা অসিমক এইডস পেসেন্টনা শিত্ৰবা মতুং ফাওবা হিংদুনা লৈহৌই। মদুনা অনৌবা মীরোলগী পুন্সিফাও শুদত্নুনা অকিবগী মশক ওইরবা মকশীল্লবা তুংলমচৎ অমনা নোংদম্বীরবা লমজা-শরা ওইহল্লি। শিরবা মতুংদা ইমুং মনুংনা ডাক্টরদা তুমিন্না লৈবিয়ু, দেথ সার্টিফিকেটতা এইডস পনবীগনু হায়না মেন্নে। মসিনা প্রোপার্টি নৎত্রগা ইন্সুরেন্স ক্লেম তৌবদা অকায়বা ফাওবা ওইহল্লি। হিংহৌরিবা ইমুংবু য়ুমলোন কৈরোন্নবনা, লৈকায়না শোক্ল-শম্নবিরোই হায়না খন্নে। কয়াদা শাথীত্নবা ষ্টিগমা ডিসক্রি-মিনেসন্নো ! এইডসদগী হেন্না তমথিবা ওইরক্লিবা পোৎশক অসি লৌথোক্নবদি খুন্নাইগী মাঙজবা নোংমা নোংমগী হেল্লক্কনি।

অদুবু অপনবশিং অসি লৈনা লৈনা *মেক্সনা* পায়খৎলকপা এৱার্নেস অমদি ইর্ন্টভেন্সন প্রোগ্রামনা মরম ওইদুনা ড্রগ কাপ্পগী মশিং হন্থহনবদা অমসুং রিস্ক গ্রুপশিংনা শোয়দ-ঙামদনা থবক তৌহনবদা শীঙথাবা য়াবা থৌওং খরদি উবা ফংলে। সেফটি ব্লড বেঙ্কশিং রিমস, জেএন হোস্পিটালদা হাংদোক্লিবা, এআরটি সেন্টর, ভিসিসিটির্সি, পিপিটিসিটি, কম্যুনিটি কেয়র সেন্টরশিং হাংলিবা অমদি আইইসিগী থৌরাং মখাদা চত্থিবা প্রোগ্রামশিং অসিদি অদুম্মক শীংথানিংবা লৈ। অদুবু টার্গেট তঙ্খায় চন্দ্রিবগুম লৈবি। চীংগী লম অমসুং তম্পাক্কী মচী মতাই য়ৌশীনবা ঙমদবা কেম্পেইন ওইরি। অদুগা রিস্ক গ্রুপশিংগী পুক্লিং ৱাখল হোংহনবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা মেসেজ ফনা য়াম্না পীরবসু তৌগনু হায়বা থবকশিং খঙনা খঙনা তৌরি। মসিবু মমায় চুম্বদা লুচিংবশিং, ওজাশিং অমদি মীয়ামগী তেঙবাং লৌরগা মেক্সনা হোৎনগদবা থবক ওইরি। অদুগা প্রোগ্রাম তৌরিবা লূপশিংনা পৈশা ফংলগা লোইরে হায়না অয়াম্বনা তৌরিবসি লাইবক থীবনি। মসি তশেংনা অকিবা লৈতনা মোনিটর তৌদ্রবদি পাল্লিবা মহয় ফংলোই।

অসিৱাইদা গবর্ণমেন্টকী তৌফম থোকপা কয়া লৈরে। হন্দক্কী থিমদসু *"ৱাশক ঙাকশি"* হায়না গবর্ণমেন্টদা ফোকস তৌরি। তশেংনমক গবর্ণমেন্টকী রোল অসি নীংবা কায়নিংঙাই ওইরি। তৌথোরকপগা চীনগা ওম্থোক্লা খেৎনম্নে। ঙাইহাক লাউরম্লগা তোকখিবা ঙাক্তনি। গবর্ণমেন্টনা সেরিয়স ওইনা তৌবীরবদি মহয় য়ানগদবা প্রোগ্রাম ঙাক্তনি। করি অমুক হায়গনি ! গবর্ণমেন্টনা মোটিভেট তৌবিরবদি এইডস পেসেন্টশিংগী তঙায়ফদবা পোৎলমশিং লনাই মীওইদগী নৎত্রগা মমিং লৈরবা এনজিওশিংদগী ডোনেসন ফাওবা তৌরক্কদবা লৈ। মসি গবর্ণমেন্টনা তৌবিদবগী ৱানি। প্রাইম মিনিষ্টরনা 'নাকো' গী চেয়ারমেন্নি, মেক্সকী চেয়রমেন্না মণিপুর চীফ মিনিষ্টরনি। অদুবু নেসনেল এইডসকি মরীদা কৌবা মিটিংদা ওক্রম ইবোবী অমুক্তা ফাওবা য়াওবা উদ্রি। মেডিকেল মিনিষ্টরনা মসি অমুক্তা য়াওবীয়ু হায়না হৌখিবা থা ৩/৪ তকশিন্দুনা লাক্লবা ফাওবদা হন্দক্তা গুৱাহাটিদা নেসনেল লিভেলদা তৌখিবা মিটিংদা মেক্সকী চেয়রমেন ওইরিবা চীফ মিনিষ্টর য়াওখিদে। অদুনা পুম্নমকসি পাল্লিবা গবর্ণমেন্টকী মখুত্তা খরমখৈদি লৈরবনি।

| সে.নং. | রিস্ক গ্রুপ (১৯৮৬-২০০৫) | চাংয়েং চৎখিবা মশিং | পোজিটিভ মশিং | পোজিটিভ ওইবগী চাং চাদা |
| --- | --- | --- | --- | --- |
| ১. | নুপা-নুপী হকতীন্নবগী | ১৭৫৯৪ | ৩৭৫৯ | ২১.৩৭ |
| ২. | নুপা মশেল | ১১০ | ২৮ | ২৫.৪৫ |
| ৩. | ড্রগ কাপ্পা মীওই | '১৩২৪০ | ৮০০৪ | ৬০.৪৫ |
| ৪. | ঈ দান তৌবশিং | ১০৫৮৭ | ২১৮ | ২.০৬ |
| ৫. | ঈ ফংদুনা কাপ্পশিং | ১৩৮০ | ১৭০ | ১২.৩২ |
| ৬. | মীয়োনবী মমাশিং | ৫০২৯ | ১৫০ | ২.৯৮ |
| ৭. | ডায়েলাইসিস তৌবা পেসেন্ট | ১৯২ | ৮ | ৪.১৭ |
| ৮. | চিংনবা এআরসি/এইডস পেসেন্ট | ২১৫০ | ৩৮৭ | ১৮.০০ |
| ৯. | এইডস পেসেন্টকি মরী মতা | ৬৭৩ | ২৮২ | ৪১.৯০ |
| ১০. | চাবোকপদা লৌনখিবা | ১৮১৩ | ৫১৯ | ২৮.৬৩ |
| ১১. | অতোপ্পা মরমশিং | ২৮০১৬ | ২৪৫৪ | ৮.৭৬ |
|  | অপূনবা মশিং | ৮০৭৮৪ | ১৫৯৭৯ | ১৯.৭৮ |

# সাইন্সকী নুমিৎ

মীওইবগী নাউশুম হাইরিবা সাইন্সনা মীওইবগী মোংফমসু ওইরক্লি। ঙমখৈ নাইদ্রবা তাইবঙগুম্না সাইন্সপু ঙমখৈ নাইহন্দনবা হোৎনবনা মীওইববু নুংঙাইহল্লিঁদা মঙলাক্লহল্লি। ইশাগী খুৎশেম্না কন্ট্রোল ৱাংমদা লৈখ্রবদা ঙমখৈ নাইদ্রবা খুৎশেমগী তৌবা ঙম্ববু ঙসি সাইন্সকী মালেম্না পুক্নিং থৌগৎলিব্রা? মদু জাতিগী সাইন্সকী নুমিৎ ফেব্রুৱারি ২৮ না পাউখুম পীবা তারি।

মীওইবনা মহৌশাগী খুৎশেমবু মুন্না খঙনবা অমসুং খুদুম চন্নবা হোৎনবগী অনৌবা লম্বীদা অনৌবা ইনভাইরনমেন্ট ফংনবা হোৎনবদা মীওইবা মশাগী অনৌবা ঙমখৈ লিংবগী হোৎনজমন্না মীওইবা মশাগী পুৱারীবু শেমজরি। মীপুম খুদিংমক মশাগী ঙমখৈ লৈজে। মদু মহাক্কী লৌশিংগী অমদি নুপা থোকপগী তৌঙম্বা মতৌক্কী মতুংইন্না অমদি, খঙদ্রিবা মফমশিংদা য়ৌশিন্নবগী খোয়রাঙবা ৱাখল অদুনা পীরিবা ইথিলনা মহাক্কী ঙমখৈ পাক-চাউথোরকই। অদুবু হায়রিবা ঙমখৈ অসিমক অয়াম্বা মীওইশিংনা ফংনবা মখুৎ তিংথোরক্রিবা অসিনা করিগীনো হায়বসিনি।

মীওইবগী লৌশিংগী খ্বাইদগী অরোয়বা ঙমখৈদি মীওইবা মশানা অরোয়বা থাদুনা পুক্নিংগী অনিংবা অপাম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা খ্বাইদগী তরু-তরুবা অমসুং চঙখোল্লবা কোক্তগী থোরকপা লৌশিং অদুগী মহয়নি। ঙমখৈ অসিমক অকক্নবা মায়কৈ অমদা ইচম চম্না চিংবা লৈই নত্তে। ঐখোয়না ঙমখৈ অমা লৈরে হায়না পুথোক্লরিবসি তশেংবদি মদুদা খোঙফম লৌরগা মদুগী ৱাংমদা খুৎ তিংথোক্তুনা খুৎপায়ফম থিরিবা খ্বায়দগী মরুওইরবা

মফমনি। মসিদা চেকশীন্দবা য়াদবদি, খ্বাইদগী তরু-তরুবা পুক্লিংবু যৌগৎপদা থেংনরিবা খুদোংথীবা শীঙনবশিং অসি ঐখোয়গী অকোয়বদা ইনক নক্লা লৈরি। শীঙনবশিং অসি থেংননবা মীওইবনা পুমনৌ নৌবা খোঙজং কয়া চঙশিনবা তারি। মহৌশাগী মরমদা ঙসি ফাওবা চমন্নদুনা অমম্বদা লৈরিবা মায়কৈ অসিদা মঙালগী থোঙনাউ ফাৎনবা অমসুং মালেমগী লৌশিংগী পুক্কে চোলহন্দুনা খুনাইগী মীয়ামবু নুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়হন্নবা অমদি, মচি-মচিদা পেন্দবগী মৈরীনা ৱাখৈগুম্না চাক্লিবসি মমুৎ তানা ৱাখৈমিন্নদুনা সাইন্সকী ঙমখৈ পাক-চাউথোকহন্নবা হোৎনবা তারি। হীরমসিদা মরৈ মুন্না চঙশিন্দ্রবদি মালেমগী মচি মচিদা চাক্লিবা লানগী মৈরীনা নোংমা মৈজাউ ওইনা চাক্লকপদা মৈমুৎনবা পাম্বৈ লৈরোই। অহুমশুবা লাঞ্জাওনা মালেমগী অরোয়বা ওইগনি হায়না অখঙ অহৈশিংনা হায়রম্লবনি। বৃটেনগী খ্বাইদগী শকনাইবা সাইন্টিষ্ট সার আইজাক নিউটোন্নদি মালেমগী অরোইবা মতম অসি ইং ২০৬০ নি হায়না লাইফাউ তৌরম্লবনি। নুমিৎ অসি পুথোক্লিবা লামায় ৪৫০০ পানবা খুৎই লাইরিক *আরমেগিদোন* অসি জেরুসালেমগী *হিব্রু নেসনেল লাইব্রেরি* দা লৈরি, রিসার্চ তৌরি।

অসুম্না সাইন্সকী ৱাখল অমসুং ফিদম ৱাংদুনসু টেক্লোলোজিগী চয়েৎনরবা পোথোক্লা মীওইবনা চৎনিংলিবা মায়কৈবু শুক্লা মমহল্লি। প্রেব্লেম ওইহল্লি। মসিনা মীওইবগী পুক্লিংদা তশেংনা অকিবা, মীপাইবা পোকহল্লি। মসিবু মুন্না থিদোকপা অমসুং মদুদগী নাথৈনবা হোৎনবগী তঙায়ফদবা লাক্লি। অদুগা সাইন্সনা অফবা পুরক্লবসু অমরোমদদি মদুনা অচুম্বা থিবা মতমদা পোৎশক খুদিংমকপু চিংনবা থাজদবগী ৱাফমনা মাঙ থাই। নাকল নামদা হেনজিনখিবদগী মুর্ত্তি থুগায়বগী খোঙফমদা লাকই। ঙসি মীয়ামনা থাজনবগী মতুংইন্না চৎনরিবা চৎনবীশিং অসি সাইন্সনা শুম্বল মখুলদা হাপচিল্লগা শিংগুপ তানা মশক হেক খঙদবমখৈ শুগাইরি। পোৎশক খুদিংমক অসি ধাতু চাংয়েংনবা লোজিক্কী নুঙ মথক্তা থম্বগুম তৌই। থাজনবী অসিগী মৱা লৌরক্তবনা মীগা মীগা থাজনবা নক্লবা ৱাৎলকই। পুন্সিবু থৱায় হাপ্লিবা থকশি খাশি, ফিদম হায়বদু কান্নহন্দে। ৱাখল লৌশিং লৈবা অমদি খুনাইগী অফবা পাম্বা পুন্সিরোলবু মশাগী ৱাখল্লোন থাদোকহল্লগা চুম্নগী পঙহিং হিংবা থাক অমদা ওন্থোকহল্লি। মদুনা পাপ পুন্যগী খেৎনবা মাঙশিল্লকই। হিংলিবা পুন্সি মহিংদা অমসুং খুনাইদা তাবা মমি থওইনরক্তে। মপা-মচা, মমা-মচা, মচিল-মৌপ্পাগী মরীদা শেংলক্তদুনা বাইওলোজিগী মরী ওন্থোরকই। নুংশিনবা থাজনবগী, মখা পোন্নবগী, লোন্দিন্নবগী তাইবঙ অদু মমি শামথরকই। ইমুং মনুং ওইবগী মরু ওইবা মহাওদু কন্নকই। নুপা-নুপী লুহোংবগী অশেঙবা মগুণ নাথৈরকই, কনট্রেক্ট সিষ্টেম ওন্থোরকই। মসিনা ইমুং-মনুং মচেৎ তানরকই। অসিগুম্বা ইমুংশিংনা খুনাই শেম্লকই। ইমুংদু মোরেল লোনা লমজিংদ্রবনিনা খুনাইদা মোরেল লোগী মরুওইবদু মফম ফংদে। খুনাইদা অফবা লমচৎ চৎপগী ইকায়খুম্নবা মাঙলকই। অকনবনা হিংলকই, অশোনবনা হার ওইরকই। অচৌবনা মচা চারকই। তাইবঙ মপুগী মচানুপা লৈ হায়বদু অরানবা তারকই। মচিন মনাউ অমনা অমগী শাইরেল চন্নবা হোৎনদুনা খুনাইগী ওইবা মগুন উৎপা ঙমলক্তে। সাইন্সকী ওইবা তাইবঙ খোঙচৎ অসিনা মীওইবা ফুরুপকী চঙখোল্লবা লীকলম অদু লৈখা তাহনবিরে।

নোরোক্কী লৈবাক্তা সনা থোকফম কন্দুনা থমলিবা *বীলজেবুব* না পোৎচাক (মেটরিয়েল) লনগেগী মপু ওইরিবনি। পোৎচাক্কী লনশিং খুদম ওইনা, লনথুম হায়বসি মহৌশাগী ওইনা শয়তানগী পোক্লফম ওইরিবা নোরোক্কী মশকনি হায়রি। মদুবু যিশু খৃষ্ট, প্রোফেট মুহম্মদ, বুদ্ধ নচিংবনা য়ারমদ্রবনি। লম্বোইবশিংনা চহি কয়া চঙনা মসিবু মাঙহন্নবা হোৎনরম্বদু সাইন্সনা চহিচা অমগী মনুংদা শেমগৎপা ঙমলি। লোইবা নাইদ্রবা লনথুম্না লোইবা নাইদ্রবা নোরোক্কী লমদম ওইহল্লিবনি। লমচৎ লৈখা তারকপনা ঙসিদি থাক লৈবা হেনগৎলি। চাউখৎখ্রবা লৈবাকশিংগী লমচৎ লৈখা তারকপগী মতৌবু চাউখৎলক্লিবা লৈবাক অসিনা মতৌ তমলি। পোৎচাক্তা অচাউরম কাবগী মপু ওইরিবা শয়তানবু তাইবঙ মপুনা নোরোক্তা থমখি। মহাক্লা *ঈডেনগী* ইংখোলদা তুমিন্না চঙশ্রগা মরাল লৈজদবা *ঈব* শিংবু মোৎশিন্নবা হোৎনরকখিবা অদুগা ঙসিগা চপ মান্নরি। পাতালদা লৈবা শয়তানবু সাইন্সনা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা অৱাংবা থাক্তা চিংখৎলগা লৌশিংগী খুথাঙদা মালেমদা চুমদবা লীচৎ-শাজৎ পীবগুম্না সাইন্সনা লম্হুমগী খুথাঙদা মালেমদা সাইন্সকী ওইবা চাউখৎ-থৌরাঙ পীরি। সাইন্সনা শয়তানবু মগুন ৱাংনা থাঙ্গৎলি। অমরোমদা লম্বোইবশিং নৎত্রগা লমচৎ ফজবশিং ঙসিদি য়াম্না হন্থবা থাক্তা কুমথগ্রি।

মতাঙ অসিদা সাইন্সপু মরুওইবা পান্দম অমা ওইনা চাউখৎত্রিবা খুনাই অসিদা তগৎ তগৎ তেক্লা থম্বা তারকপদা সাইন্সনা লৌফম থোকপা থৌদাংশিংগী মনুংদা অহানবদা খুনাইগী ৱাফম অসিনি। অপঙ-থাজনা লাঙ্গোই চল্লিবা লাং অসিদগী নীংতমহনবগা লোয়ননা থাক মান্নবা অমসুং সেক্যুলর ওইবা খুনাই শেম্বগী থৌদাংসি সাইন্সকী পাক চাওরবা পনখৈনুংদা থমগদবনি। মীওইববু মাঙ তাকহনবগী লমজেল চেন্নরিবা সাইন্টিষ্টশিংনা এটোমগী চক অসিদা মীওইবগী লাইবকপু ঐখোয়গা পূন্না শেমমিন্নরিবনি হায়বসি মখোয়না খঙগদবনি। সাইন্টিষ্টশিংগী মরক্তা ৱাখল ফাউননবা লুপশিং শেমদুনা মখোয়না খুনাইগী ৱাখল্লোন অসিদা যুম্ফম ওইবগা থৱায় য়াওনা থোরক্তুনা মসিগী মরীদা হংলিবা ৱাহংশিং পাওখুম্নবা হোৎনবা তাই। সাইন্টিষ্টশিংনা খুনাইবু খঙননবা তাকপদা নত্তনা মীওইবনা শোয়দ-ঙামদনা হিংনবা লম্বীদা মালেমগী ওইনা পূন্না খঙমিন্ননবা সাইন্সনা কান্ননিংঙাই মচাকশিং পীনবা হোৎনগদবনি।

অদুবু খুনাইগীদমক মগুন লৈবা পথাপ *'ভেল্যু সিষ্টেম'* লিংখৎপা হায়বসিনা পাউখুম পীগদৌরিবনি। অদুবু মসি সাইন্সকী খুবামনুংদা লৈবা পোৎশক নত্তে। মসি সোসিয়েল সাইন্সকী মনুংচল্লিবা লৈঙাক-ৱায়েল, শেম্মিংলোন অমসুং খুনাইগী থৌগায় অসিগা মরী লৈনবা মীওইশিংনা থৌদাং অসি লৌফম থোকই। ঙসিগী শোকথরবা ফীভমশিদা অকক্লবা খোঙথাং থাংজিনবা তাই। খুনাইগী মীয়ামদা হীরম অসিবু য়ানিংনবা মরৈ মুন্না তাকপীবা তাই। লৈঙাকপা ফম্লাইবনা মীয়ামদা য়াথং তাওথবগী থৌওং নত্তবদা অতোপ অতোপ্পা থৌওংশিংদা মরী লৈনহনবা মওংদা চত্থনবা হোৎনবা অসি য়াম্না মরু ওই। মখল কয়াগী মেডিয়াগী থোঙদা, আর্ট অমসুং কলচরগী থোঙদা, লাইরিক লাইশুগী খুথাঙদা, ফোক্ক আর্ট অমসুং ক্রিয়েটিব আর্টশিংগী খুথাঙদা চত্থবদা মায় পাকপগী চাং

ৱাংই। হৱাইট কোল্লার জোব মশীং হুম্বুহন্দুনা পোখোক পুথোক্কদবা লৌমী-শিন্মিবু ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা মখোয়গী মশীং হেনগৎহনবসু মসিগী ফজরবা পাউখুমনি।

মীওইবা কাঙলুপ অসিদা পীফম থোকপা হায়র এদুকেসনগী অশেংবা এদুকেসন নত্তবা মওংদা খুৎশেমগী ওইবা তহা-তথুবা মওংদা চখরিবসি অশেংবা ভেল্যু সিষ্টেম নত্তে, মসিনা পাউখুম পীবা ঙমলোই। মসিদি চুম্নগী হৱাইট কোল্লার জোব ফংনবা চেজেৎ অমদা ডিগ্রি/ডিপ্লোমা ফংনবগীখক্তা ওইগনি। মরম অদুননি, ঙসিগী অরানবা এদুকেসন সিষ্টেমনা ঐখোয়না ঙসি পামলিবা অফবা অওনবা অমসুং সাইন্টিফিক ওইবা খোঙচৎ অমা ফংনবগী নুংশিৎ নুংশা ফংদ্রি হায়না খঙনরিবা। মদু খুনাই অসিদা নিতি কাংদনা থোক্লিবা ৱাখল য়াউদবা মানবা থৌদোক ৱাথোকশিং অমসুং থাগী মনুংদা নৎত্রগা চহিগী মনুংদা লৈকাই খুলগী মীয়াম্না অমুক অমুক উন্নদুনা ৱারেপ লৌরম্বা খুনাইগী শঙলেন (ইনষ্টিট্যুসন) কয়া হিংগৎলকপা ঙমদনা মাঙখ্রিবা অসিনা খুদম ওইনা তাক্লি। লাইরিক লাইশু তম্নম্বদগী মরৈকাইদা হনখ্রগা খুনাইগী শঙলেন তুথখিবদগী কনবা ঙমদ্রবদা তম্লুরিবা মহৈদু ভেল্যু লৈ হায়ফম থোক্লিব্রা অসিনি।

মীওইবগী হৌখ্রবা পুৱারী লীশাং শীৎনা মীওইবগী পুন্সি অমসুং হিংবা মহিংদা ৱাখল লৌশিং থোক্লবগী পাম্বে ফংবা হেনগৎনবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরকখিবনি। অদুবু মীওইবা হায়বসি ৱাখলগী ঈথক্লা হুমদুনা চৎপা মতম লৈবনিনা অদুম্মক ৱাখল লৈতবগী থৌদৌ থেংনরি। অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশিংগী মরীদা ইখঙ-খঙনবা ৱাৎপা অমসুং মদুবু খুদুম চনশিনবা ঙমদবদগী অকিবা অমদি অপঙ-থাজবগী মচাক ওল্লকপা তাবনি। অদুবু মহৌশাগী খুৎশেম্না মথৌ তৌরকপা অমসুং সাইন্সনা তপ্পা তপ্পা চাউখৎলকপদা মীওইবনা খঙবা হেল্লকপগী মতুংইন্না করিগুম্বা মফম খরদা মচি লেঙদ্রবসু মীওইবগী পুৱারীগী হান্না লৈরম্বা অকিবশিং অমদি অপঙ-থাজশিং অদুমক্তি শ্বাই শ্বাই মাঙখিবা উরি। য়াইফ-নুংঙাইবা ইন্দিয়াগী পোলিটিসিয়ান শক্লাযবা অমনা অসুম্না হায়, "*সাইন্স হায়বসিনা নুংঙাইরবা অৱা পোৎথানিংঙাই ওইরি অমদি অৱা-ৱাখল তাওথোক্লিংঙাই ওইবদা নত্তনা পুন্সি লম্বীগী লীকলম অমসু ওইরি। মদু নৎত্রবদা, ঐখোয়গী মতমগী ওইবা পোৎশকশিং অসি মাঙখিদৌরিবনি। পোলিটিক্সনা ইকোনোমিদা চিংশিলহল্লি অমসুং মসিনা সাইন্সদা নকশিলহল্লি অমদি, ঐখোয়গী পুন্সিদা থেংনরিবা প্রোব্লেমশিং মায়োক্ল বদা সাইন্স চঙই। মমৈদদি সাইন্স অসি পুক্লিং লমজিংনবগী লম্বী ওইরকই অমসুং সাইন্সকী থৌওং অমদি লীক্লমগী মতুংইন্না পুন্সিগী লম্বী পূম্বদা থাদোক্লবা য়াদ্রবা পোৎশক ওইরকই। মীয়ামগী পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংদা সাইন্সকী মরুওইবদু হন্না হন্না নীংশিংদুনা মীয়ামগী পুন্সিদা সাইন্টিফিক টেম্পর লৈহনবগী মথৌ তাই।*"

ঙসিগী চাংয়েং, থীওরি অমসুং থিজিনবগী লেপ্পা লৈত্রবা নৈনবগী খোঙথাং কয়াগী মরক্তা সাইন্স হায়বসিনা লৌশিং পুথোকই হায়বসি মীয়াম্না য়ানরবা ৱাফমনি। তশেংবমক মসিনা থিজিন্নবগী নিয়ম অমসুং লম্বী পীরি। সাইন্সদগী মনা পূঙনা হৌগৎলকপা পাঙ্গল অমসুং লৌশিং পাম্বীশিং অসি অফবা ফত্তবা মরম অনীমক্তা শীজিন্নবা য়ারবসু, মীওইবগী নুংঙাই য়াইফনবগী পাম্বে অমা শোয়দনা ওইহন্নবা সাইন্টিষ্ট অমসুং খুনাইগী থৌদাং য়াম্না চাওরি। ❑

# ৱার্ল্ড পোপুলেসন ডে

মালেমগী মীশীং লেপ্পা নাইদনা হেনগৎলক্তুনা ঙসিদি মিলিয়ন ৬,৩৯৭ (২০০৫) শুরে। মালেমগী পাকচাওবদি হেঙ্গৎপা নাইদনা মীশীং খক্তনা লেপ্তুনা হেনগৎলকপা অসিনা নোংমদি মীশীংনা পোকখায়রক্কনি, লৈফম চল্লোই। সাইন্টিষ্টশিংনা হায়বদা মীশীং বিলিয়ন ৪০ দগী ৫০ ফাওবা অসিদগী হেন্না মালেমনা পুবা ঙমলোই অসিনি। ইং ১৯৮৭ দা মালেমগী মীশীং বিলিয়ন ৫ য়ৌরকখি। মতমদুগী মীরোলনা ইং ১৯৯৯ দা বিলিয়ন ৬ য়ৌশিল্লক্কনি খন্নরম্মি। তশেংনমক ইং ১৯৯৯ ওক্টোবর ১২ দা মালেমগী মীশীং বিলিয়ন ৬ শুখি। ইং ১৯৬০ দগী চহিদা মিলিয়ন ৭৮ হেনগৎলকপদু ঙসিদি চহীদা মিলিয়ন ৮৬ হেনগৎলকপনা ইং ২০২৫ দা মিলিয়ন ৭,৮৫৯ য়ৌরক্কনি হায়না মিপাইরবা মালেম্না চহী খূদিংগী জুলাই ১১ দা ৱার্ল্ড পোপুলেসন ডে হায়না থৌরম পাঙথোক্লরি। মালেমগী মনুংদা মীশীং য়াম্বদা চিনাগী হেক মথংদা ইণ্ডিয়া ওইরি। চিনাগী মিলিয়ন ১,২৮০.৭ ওইবা মতমদা ইণ্ডিয়াগী মিলিয়ন ১,০৪৯.৫ ওইরি। মালেম অসি ইণ্ডিয়াগুম্বা শরুক নিফুমুক পাকচাওরবসু মীশীংদা য়েংলবদি ইণ্ডিয়া ৬ না মালেম শারি। মালেমগী অপূনবা মীশীং ৬ খুদিংগী ইণ্ডিয়ান অমমম য়াউরি। নুমিৎ খূদিংগী অঙাং ৫,৫০০ ইণ্ডিয়াদা পোক্লি, চহীদা লাক্ষ ২০ পোকলি। অদুনদি ইং ২০৪০ দা ইণ্ডিয়ানা চিনাদগী মীশীং য়াম্বা হেনগত্তুনা মালেমগী মকোক ওইগদৌরি।

ঙসিগী মিপাইরবা মালেম্না কিরিবদি মীশীংনা পোকখায়রকপদা নত্তনা লেপ্পা লৈতনা য়ামশিল্লক্লিবা মীশীং অসিগী ফংফম থোকপা হক ফংদুনা মীওইবগী পুন্সি মহিংগী থাক্তা হিংবা ঙম্নরক্লোই হায়বা অসিনি। ঙসিমক তাইবঙমী ওইনা পোক্ত্রিবা মতম অমদদি পোক্লক্কদবা মীরোলশিংনা মতমদুদা তেংথা নাওইনা লেনহৌগদবা খোঞ্জেল অদু কয়াদা অৱাবগী মশকনো হায়বসিনি। মতমদুদা মালেম লৈমনা মহাক্কী য়ামখ্রবা মীয়ামবু পীজ-পীথক তৌদুনা হিংহনবা ঙমলরোই হায়রক্কদবা মতম অদুমক্কী ৱাংমা লান্না ৱাখল লৌশিংগী মপান্না মীওইবনা মালেমসিদা হিংলম্বা ঙম্বা থৱায় পানবনি হায়বসি তাক্লবা ঙসিগী মীরোন্না করি তৌরম্বা তারিবগে? তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংগী মীশীংনা লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকপা মরম্না মতম অদুগী মীরোলগী অনীংবা অপাম্বা লেপচনবগী মনীংতম্ববু শাথীনা শোকহন্দুনা কায়হল্লগদবা অদুগুম্বা ফিবম অদুদগী ঐখোয় ঙসি কয়ামুক লাপ্না লেপ্লিবগে? অমরোমদা, মালেমগী চাউখৎ-খোঙথাঙনা খূদোংথীনিংঙায় ওইরকপনা মীওইবগী নীংতম্বগী ৱাহঙ্খোক ময়েক শেংদবা নোংমা নোংমগী হেল্লকপা মতম অসিদা লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলক্লিবা মীওইবগী অপাম্বা দাবীনা মহৌশাগী ঈশিং নুংশিৎ অমসুং কংফালগী মহৌশাগী মচাকশিং অসিবু মীওইবগী পুন্সি মহিংগা শাগোন্নদবা য়াদবগী মরমনা পাকচাওরমখ্রবা উমং কয়া কোকশিল্লকলিবা, লৈহাউ চেল্লম্বা লমহাঙ কয়া লমগং ওইরক্লিবা, পাৎ তুরেল কয়া মাঙশিল্লক্লিবা, অকোয়বগী ফিবম মোৎশিল্লক্লিবা, মতমগী

 কর্টসী : সঙাই এক্সপ্রেস, ১০/৭/২০০৩ 

খুৎশা হৈবগী লমজেলনা মহৌশাগী পোৎথোকশিং শীজিন্নথোকপা, ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎ-খোঙথাংনা পুরকপা মাঙ-তাকপগী শক্লোন অসিনা তুংগী মহৌশাগী লনশিং অসিবু মন্তিক্রদুনা বন্ধান থমদোক্কিবা ৱাহংশিং অসিনি, ঙসি ঐখোয়না খুমগদৌরিবা।

অমরোমদসু অমুক প্রোব্লেম অমদগী অমা মথং মথং, প্রোব্লেমগী মিরাংনুংদা থুরবা মীওইবগী পুন্সিনা পোপুলেসনগী মমায় লোঙথোরকপা অতোপ্পদু মশক খঙলুদবা অসিনি। মীওইবনা য়েলহৌঙেদগী চৎনরকপা মশাগী চৎনবীগী কুয়োমনুংদগী মনীংতম্না কুরাক ওন্থোরক্লুনা অনৌবা পুন্সি মহীংদা হোংদোকপদা মহৌশাগী খল থুগাইরকপা অসিনি। অসিনচিংবা মরম কয়ানা মালেম লৈমনা পুবা থাংবা ঙমলোইদবা মীশীং ইমাগী নঙ্গলদা থোঙ্গৎলক্কদৌরে হায়বগী মিপাইরদুনা অহানবা মীৎকুপ্তদি মিপাইবা পোক্লকই। অদুবু মুন্না খন্থরুরবা মতুংদদি অতোপ্পা লম্বী উনরকই। অসিগুম্বা চৈঙাক মরেপ লুদবা অথেনবা চাংয়েং মনুঙদা ঙসিগী মীরোলবু য়াই থাদুনা থল্লম্লগী খেৎনবদু ফাউনরকই। মসিগী মরম হায়ববু, মীশীং য়ামখৎলকপগী ৱাফম খন্নবা মতমদা ঐখোয়না মী ওইনা হিংবগী পুন্সিগী অশেঙবা মগুণগা মরী লৈননা খন্নগদবনি হায়বসিনি। মীশীং য়াম্বগী চাং অদু খুর্জি লাকথনবা হোৎনবগী মহুত্তা হিংবগী মগুণ ক্বালিটি ফগৎহনবনা ঐখোয়গী অপাম্বা ওইহনগদবনি অসিনি। খুদম ওইনা, নুপী লাইরিক হৈহনবা হায়বসিনা নুপা নুপীগী থোং মান্নদবা কোকহন্দুনা মশাগী ফংফম থোকপা হক অমসুং ইজ্জৎ অদু ফংজদুনা মদুবু ঙাক-শেনবা ঙমহল্লি। থেংলপ লুহোংদুনা অমদি চায়োক-নাওয়োকপদা অমসুং নুপানা খুল্লিংগনবা খুনাইসিদা নুপা নুপী হিংমিন্নবদা নুপীগী হকশিং তুহৎপিবদগী মসানা কনবা ঙমজৈ। মসিননি, মীওইবগী পুন্সি মহিংগী থাক হেনগৎহল্লবা মতমদতা পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌগনি হায়না মোত পীনরিবসি। চাওখৎ-থৌরাংগী থর্বাক্ত থৌশাদনা মীশীং য়ামখৎলুবনা মীওইদুগী মশাদা, ইমুংদুদা অমদি শাগৈ-ফ্লুপ অদুদা অৱা পোৎলুম থোঙ্গৎপা নত্তনা করিসু ওইরোই হায়বসিনি।

ইং ২০৪০ দদি মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী মীশীং য়াম্বা লৈবাক ওইগদৌরিবা ইণ্ডিয়াগী মতাঙদদি, মীশীং হেনগৎপগী প্রোব্লেম অসি খ্বায়দগী হকচিন্না লৌফম থোকই। অদুবু থবক্কী ওইনদি হকচিন্না চথুবা উদ্রি। তশেংনা হায়রবদা ইণ্ডিয়ানা নীংতম্বা হেক ফংজঙৈদগী খ্বাইদগী মায়থীবা হীরম অমা পনবা তারবদি মীশীং হেনগৎপা থিংবা ঙমদবা অসিনি। হায়বদি, অকীবগী মশক ফংনা জর-জর হেনগৎলক্কিবা মীশীং অসিগা লোয়ননা, লায়রবগী মীশীং হন্থহন্নবা হোৎনবগী অমসুং থবক ফংদবগী প্রোব্লেম লাকশিন্নবা হোৎনবগী থৌওং অসিগী মরীদা তরং-তরংনা থবক তৌবা ঙমদ্রিবা অসিনি। মীওইবগী মীশীং বিলিয়ন ৬ লৈবগী মনুংদা ১ হেন্না লৈরিবা ইণ্ডিয়াদা অহিং খুদিংগী মবুক লাম্না লাম্না ফমুংদা চঙখিবা লায়রবা মীওই ক্রোর ৩০ হেন্না লৈরিবা অসি ইণ্ডিয়াগী লৈঙাক ৱায়েন মায়থীরকপগী খুদম নত্তনা করি ওইগনি? ইণ্ডিয়াদা লাইরিক হৈতবা মীওই ক্রোর নিফু লৈরিবা, মৈ-ঈশিং ফংদবা। ময়ুম লৈতবা, শেৎ-ইন্নবা লৈজদ্রবা, থবক ফংদবা ক্রোর কয়াগী নীংবা কায়রবা খোঞ্জেল, লৈবাক্কী মচি-মচিদা নীংবা কায়বগী খোল্লাউ, নমথবীবা নমশীনবীবগী মীখা পোনবা তোক্লুনা মনীংতম্নবা লালহৌ, মদুবু নমথবদা মীওইবগী হক

শীংনরিবা অমুবা লো চংনহল্লিবা অসিগী মীকপ মীরাউগী খোঞ্জেল পুরিবা ইণ্ডিয়ানা পোপুলেসনগী মায়োক্তা থেংনবদা মায় পাকপা ঙমদে হায়বসিদি মশানা তাবনি। ইণ্ডিয়ানা ঙসি ফাওবগী মনুংদা পাক-শন্না য়েংবা ঙম্বা কাওলুপ নাইদবা লুচিংবা অমত্তা ফাওবা পোকখিদবনা ইণ্ডিয়াগী অপূনবা শক্তমগী মায়োক্তা মতম চুপ্পদা অকীবা পীরিবা অসিবু মায়োক্লবা ঙম্বগী ব্রাফম অসিদি লায়রদুনা পোপুলেসন পোলিসি ফাওবা মায় পাক্লা চথবা ঙমদ্রিবা অসিনি।

ইং ১৯৫২ দগী হৌনা চথরকখিবা ফেমিলি প্লান্নিং প্রোগ্রাম অদু কমদৌনা মায়পাকখিদবনো হায়বগী ব্রাহং অসিমা হেক্তা নৈনবা য়াই। পান্দমখক্তংদা য়েংবা মীৎয়েং, থৌওং চথবদা খুৎ কন্না থাখিবা হায়বদি, নম-হাদুনা চথখিবা থৌওংশিং অদুনা অমদি মদুবু পাঙথোকপদা মহয় য়ান্না পাঙথোক্লবগী নুংশিৎ নুংশা চেন্দবা ব্রাখলগা লোয়নননা তৌখিবনা মরম ওইদুনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা চংখিবনি হায়বসি পূন্নমক্লা য়ানরবা ব্রাফমনি। থৌরাঙ অদুনা মীয়ামগী ঈহৌগা লোয়নননা অমদি মীয়ামগী অয়াবগা লোয়নননা চথরম্বগী মহুত্তা গবর্ণমেন্ট খক্তংনা চথখিবা ওইনা তৌখিবদুনা মায়থীখিবনি। পাঙ্গল শীজিন্নদুনা কিহনবগা লোয়নননা চংনহনবনা মীয়ামগী য়াইফনবা হোৎনবা প্রোগ্রামনি হায়বদি য়ারোই। মদুনা মীয়াম পূন্না শরুক য়ামিন্নবগী মায়োক্তা লাকখিবা তাবনি। ফেমিলি প্লান্নিং প্রোগ্রামনা মীয়ামবু শাউহনখিবা, মায়োক্তা লৈহনখিবদু প্রোগ্রাম মায়থীবগী খূদমনি। ডাক্টরশিংদা চথখিবা নম-হাবা থৌওং অমদি থবক শূবা শিন্মীশিংগী মফমদা চথখিবা অঙাং পোক্তনবা থৌওংশিং অদুবু পেন্নখিদবা অসিনা ফেমিলি প্লান্নিং প্রোগ্রামগী মায়োক্তা মীয়াম্না লৈখি।

অদুবু ইণ্ডিয়াগী অনৌবা মশেক মঙাল অমা পনবা তারবদি *নেসনেল পোপুলেসন পোলিসি* ইং ২০০০ অসিনি। পোলিসি অসিনা শেন-থুমগী ফগৎপা ফিবম লৈহন্দুনা, খুনাইগী চাওখৎপগী অমদি, অকোয়বদা লৈরিবা ফিবমশিংবু ঙাক-শেন্দুনা হোৎনবগা লোয়নননা ইং ২০৪৫ দা মতীক চাবা মতোমতা হিংজবা ঙম্বা মীওইশিং ঙাক্তা পুথোকপা ঙম্নবগী লম্বী য়াৎপা তুংকোইবা পান্দম ওইহল্লিবা অসিদা মীৎয়েং থম্বা তারি। পোলিসি অসিনা ইং ২০১০ ফাওবগী পান্দম য়াংপদা অঙাংগী অমসুং নুপীমচাশিংগী হকচাং ফহনবগী অমদি এডুকেসন পীদুনা ফিবম ফগৎহনবগী পান্দম তৌরিবসি চেদা ইবখক্তা নৎত্রবদি ফৈ হায়বা তাবনি। তশেংবমকসু, নুপী লাইরিক হৈহন্দুনা নুপীদা থবক ফংহনবগী ঈহৌ অমদি নুপীগী থাক ফগৎহনবা হায়বা অসিখক্তংনা মীশীং হেনগৎপগী পাউখুমদি অদুম পীবা য়ারবনি। নুপী লাইরিক হৈহনবনা অঙাং পোকপগী চাং মতোমতা হন্থজে, থেঙনা লুহোংই অমদি শেন্থুমগী ফিবম ফগৎহনজে। লাইরিকপু হৈরবদি মশাগী মীৎয়েং পাকথোরক্তুনা মালেমগী থাক্তা য়েংলক্তুনা ফেমিলি প্লানিংগী ব্রাখল্লোন অসি মশা মশানা অদুম শন্দোকচরি।

অদুনদি, পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌবনা কান্নরোই হায়বসি মমাঙগী থৌদোকশিংদগী খঙলবনিনা, অফবা মখলগী এডুকেসন পীবা, মীওইবগী হৈ-শিংবা হেনগৎহনবা অমদি পূক্লিং হকচাং ফনা থম্বগা লোয়নননা মীওইবগী নাওশুম হায়গদৌরিবা নুপীগী থাক ফগৎহনবনচিংবা অসিগুম্বা মখলগী শাফূ কল্লবা খুনাইগী থৌওংশিং অসিখক্তংনা ঙমগদবনি হায়বসি খঙনরবা মরম্না লনাই লুপশিং, খুনাইগী লুচিংবশিংগী

থৌদাং য়াম্না চাউরি। লনাই লুপশিংদা শেল থাদরগা হেলথ অমসুং এডুকেসনগা মরী লেনবা থৌরাং পায়খৎহন্দুনা পোপুলেসন ৱেলফেয়র প্রোগ্রাম পায়খৎহনবদা মহয় য়ানফম থোকই। মসি য়াম্না পাক চাওবা থৌরাঙ ওইবা মরমনা লোকেল বোডিশিং মরুওইনা পঞ্চায়েটশিং, ভলুন্টরি অমদি এনজিওশিংগী মতেং য়াওদনা মায়পাকপা ঙম্লোই। গবর্ণমেন্টনা খুনাই অমা শেম্বদি ঙমদে, অদুবু লনাই লুপশিংনদি ঙম্মি হায়বসি পুম্নমক্কা য়ানরিবনি। অওনবা পুরকপদা, শক্তি লান্না শীজিন্নবা থিংবদা, চুমশীন্নবগী থৌওং চত্থবদা অমদি হিংবদা চঙবা পোৎলমশিং ফংহন্নবা হোৎনবদা লনাই লুপশিংনা থৌদাং চাউনা লৌবা ঙমদুনা মায় পাকপগী মরম ওইরিবনি। অনৌবা ঙসিগী মতমনা মখোয়বু উকিল, ওজা অমসুং য়াওল্লোয় ওইনা থবক তৌবা ঙমহনবগী দাবী তৌরিবনি। মসিগা লোয়ননা মেডিয়াগী থৌদাং অসি হেন্না মতীক চাহন্দুনা মীয়ামগী শরুক য়াবগী চাং অসি হেনগৎহনবা মথৌ তারি। অসুম্না পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌবসি মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা ভাব তানা ফিরেপ লৌহল্লগা মশানা মশাগী চুপ্লি পায়জনবা মীওইবগী তৌবা ঙম্বগী শক্তি ওইনা ওন্থোকপা ঙম্বা পান্দম ওইনা য়াৎকদবনি। মীনা মীবু নমথবা, ফুরুপ অমগা অমগা হাৎতোক্লহনবা অসি তোক্কুনা মীওইবগী মতীক মগুণবু ইকায় খুম্নবা পুন্সি মহিং অমা পুরকপা ঙম্লবদি, অমসুং মীওইবগী হক কন্দুনা হিংবগী থাকশিং অসি ফগৎহনবা ঙশেংনবু ঙম্লবদি ঙসি ৱানরিবা ভুংগী মীরোলশিংগী পুন্সিগী থাক ফগৎহনবগী গবর্ণমেন্টকী থৌশীল থৌওং অসিবু কনানা শীংথাদবা ঙমলোইদৌরিবনো? ❑

# মালেমগী রেড ক্রোসকি নুমিৎ
## মে ৮

লান শোক্লরিঙৈ মনুঙগী লাল্লক্তো নোংমৈগী ত্রিগর চিংগদবগী ঙাইরিবা খুৎশা অদুবু খাম্বা ঙম্বদি রেড ক্রোসনি। থরায় য়োন্দুনা লাম্থেংনরিবা লাম্মীবু নিয়ম নাইহল্লিবা রেড ক্রোসনি। মদুগী মথৌ পাঙ্গথোকফমসু লানফম ময়ান্দনি, মতাঈদা নত্তে। লৈবাক মনুঙগী হাৎনা-শুনরিবা মফমদনি, টাক-ঈঙবা মফমসু নত্তে। লানফাশিংবু ফাজিন্দুনা থমলিবা লানশঙশিংদনি। লানদা শোক্লবা লাম্মীশিংবু অশি- অনা থোক্তনবা য়েংশিনবনা মথৌনি। কন্না লাম্থেংনরিবা মফমদুদা মখোয়না মনিঙতম্না চৎলি, লানগী লানফা-লানশঙশিং য়েংশিল্লি। ইমুং মনুংশিং পুনশিন্নহল্লি। অদুঙৈগী ইন্দো-পাক লানগী লানফাশিং খোঙ্গুল লীরুবগী অমসুং মতম কুইনা কায়নকরবা ঈমুং-মনুংগা চিঠি চৎনহনবগী, ম্যানমার জেলদা লৈরম্বা লমদমসিগী মীওইশিংগী মরী-মখোঙ, লৈবাক মনুংগী হাৎনা-শুনবদা, য়ুহার হাবদা রেড ক্রোসনা লৌরকখিবা থোইদোকপা থবকশিং

অসি মালেমগী নাকোঙদা নৌনা থোক্লে। হন্দক্কী ইরাক লান্দা *ইন্টর্নেসনেল রেড ক্রোস অমসুং রেড ক্রিসেন্ট মুভমেন্টনা* লৌখিবা থৌদাং অমদি গুজরাতকি য়ুহার হাবদা *নেসনেল রেড ক্রোস* অমসুং *রেড ক্রিসেন্ট সোসাইটিশিংনা* লৌখিবা থৌদাং, ষ্টেট গবর্ণমেন্টকী মাঙজিল থংনা হোৎনখিবদু মালেমনা মুন্না খঙপ্রে। মালেমগী মচি অমা নৎত্রগা অমদা লেপ্পা লৈতনা লান্নংলিবা, লৈবাক মনুংদা হাৎন-শুনরিবা, খঙহৌদনা থোক্লিবা থোকহন্নিংদবা থৌদোকশিং অসিদা লান্নংলবা মীওইশিংবু খুদক্কী ওইনা অমসুং মতুং তারকপগী ওইনা য়েংশিন্দুনা অৱা-অনা থোরকপা য়াবগী চাং হন্থনবা রেড ক্রোসনা হোৎনরি। মসিগী মরুওইবদু ফংননবা রেড ক্রোসনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা কখোক্লরি, নোবেল পিছ প্রাইজ ফংনরি ইং ১৯১৭, ১৯৪৪, ১৯৬৩, ১৯০১। ঙসিমক মালেমগী ওইবা, নেসনেল অমদি রিজনেল ওইবা য়াম্না মরুওইবা ৱাফমশিং রেড ক্রোসকি মাঙদা তাদুনা লৈরি। মরম অসিননি, রেড ক্রোসকি থৌদাংবু অমসুং নুমিৎ অসিবু য়াম্না মরুওইনা লৌনরক্লিবা।

মালেমগী লৈহাউদা রেড ক্রোস পোক্লকখিবগী ৱারী শমলপ্পা পল্লবদা, ইটালিগী অৱাংথংবদা লৈবা সোলফরিনো কৌবা মফমদা শোক্লখিবা তমথীরবা লানফম অদুনা রেড ক্রোস পোক্লকুবগী মরু হুনখি। লান্মী লীশিং কয়ামুক্লা চৈনাখোল লাও-খোংনা খাঙলদুনা, কনানসু মতেং পাংবিদনা শিবা ঙাইরিবা য়েংহৈদ্রবা লানফমগী শক্তম অদু উরুবদা সুইস লম্লোনবা হেনরি ডুনান্টকি থম্মোয়দা খাঙঙমদবা চৈনা ফাওখি। খুদক্তা মহাক্লা লমদমদুগী মীয়ামবু থোকপীরক্লবা হায়জরদুনা, অশোক-অপন নংদুনা লানফমদা তুরিবা নাকল অনীমক্কী লান্মীশিংবা সেবা তৌবীসি হায়না হায়জখি। মীওইবগী ৱাহৈ লেম্না মাঙদে হায়বদুনি। মরুওইনা, থম্মোয় শোক্লবা হায়জ-ৱাহৈনি। লানফমগী য়েংহৈদ্রবা শক্লোন অদুমক মহাক্লা খোমজিন্দুনা *'এ মেমোরি ওফ সোলফরিনো'* কৌবা লাইরিক অমসু ফোঙলমই। লাইরিক অসিদা মহাক্লা হীরম অনীখক ফংনবা পল্লমই, মদুদি- (১) লানদা শোক্লবা মীওইশিংবু নীংথিনা য়েংশিনবীনবা রিলিফ সোসাইটি কয়ামুক নর্সশিংগা লোয়ননা শেম্বা, (২) লানদা শোক্লবশিংবু লায়েংনবা মেডিকেল সার্বিসকি মীওইশিং থমদুনা অমসুং মদুবু মালেমগী য়ানবা অমগী মখাদা শক খঙদুনা ঙাক-শেনবীবা হায়বসিনি। হেনরি ডুনান্টকি আপীল অনী অসিনা *'ইন্টর্নেসনেল কম্মিটি ফোর রিলিফ টু দি ৱন্দেদ'* হায়বসি শেম্লবা তুংদা *আইসিআরসি (ইন্টর্নেসনেল কম্মিটি ওফ দি রেড ক্রোস)* ওইখি। হায়রিবা কম্মিটি অসিনা মালেমগী লৈবাকশিংদা চে চত্নুনা খঙহনবদগী লৈবাক ১৬ অমসুং অৱাংবা থাক্কী লুপ মরিগী মীহুৎশিং লাক্লুনা মালেমগী ওইবা মীফম অমা জেনেভাদা ইং ১৮৬৩ দা অহানবা ওইনা ফমখি। মসিনা রেড ক্রোসবু মপাঙ্গল লৈবা লুপ ওইরক্লবা য়ুমফম ওইহনখি।

অদুবু অৱাংপা অমা লৈরি। লানফম ময়ায়দা সেবা চঙগদৌরিবা মেডিকেলগী মাওইশিং অদু অশোয়-অঙাম থোক্তনবা মালেমগী থাক্তা মখোয়বু শকখঙবা অমা চঙলি। হেনরি অমসুং কম্মিটি মেম্বরশিংনা হায়জবদগী স্বিটজর্লেন্দ গবর্ণমেন্টনা য়াবিরদুনা লৈবাক ১২ গী মীহুৎশিংগী কনফরেন্স অমা জেনেভাদা ইং ১৮৬৪ দা ফমখি। মদুদা য়ানচে অমা *'লানফমদা শোক্লবা লান্মীশিংগী ফিভম ফগৎহন্নবগী জেনেভা কনফরেন্স'* হায়না অয়াবা পীনদুনা ইন্টর্নেসনেল হ্যুমেনিটরিয়ান লো শেম্বা হৌখি। য়ানচে অসিমক ইং ১৯৪৯ দা অমুক হন্না লৌখত্তুনা কনভেন্সন মরি ৱারেপ লৌখি। (১) লানফমদা শোক্লবা অমদি মদুদগী অনাবা ওইরবশিং (২) সমুদ্রগী লানদা শোক্লবা, অনাবা ওইরবা অমদি জহাজ কায়রবা লান্মীশিং (৩) লানগী লানফাশিং (৪) লাল্লক্তা মীচম মীয়াম্বু অশোয়-অঙাম লৈহন্দবা অসিনি। ইং ১৯৭৭ দসু প্রোতোকোল অনী হাপচিন্দুনা কনভেন্সন পাঙথোকখি, মদুদা আর্ম কনফ্লিক্ট/লানগী ঙমখৈ অকক্লহনবগা লোয়ননা মীচমশিংবু ঙাকশেনবগী কনভেন্সন য়াউরি।

অসুম্না *ইন্টর্নেসনেল রেড ক্রোস এন্দ রেড ক্রেসেন্ট মুভমেন্ট (আইআরসি-আরসিএম)* পোক্লকখিবগা লোয়ননা মীচম মীয়াম শোক্তনবগীদমক্তা অমসুং লানদা শোক্লবা লান্মীশিংগীদমক্তা, লানফাশিংগীদমক্তা রেড ক্রোসকী মথৌ তৌবা হৌরকপ্রে। অদুগা হায়রিবা মুভমেন্ট অসিদা অতৈ লুপ অহুম য়াউরি মদুদি, ইং ১৯১৯ দা লিংখৎখিবা অমসুং হৌজিক্লা মালেমগী লৈবাক ১৭৮ না থৌ পুরিবা *'ইন্টর্নেসনেল ফেডরেসন ওফ রেড ক্রোস এন্দ রেড ক্রেসেন্ট সোসাইটিজ' (২) নেসনেল সোসাইটিশিং অমসুং (৩) আইসিআরসি সোসাইটিজ কম্মিটি ওফ দি রেড ক্রোস)* অসিনি।

মাঙ্গেমসিদা রেড ক্রোস ঈহৌ পোক্লক্তুনা ইন্টর্নেসনেল হ্যুমেনিটরিয়ান লো (আইএইচএল) হিংলকখিবগী তৌবীমল অসি স্যুইজর্লেন্দা ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা পীনরি। হীরম অসিদা মরুওইবা থৌদাং চাউনা লৌবীদুনা নেসনেল রিলিফ সোসাইটিশিং শেম্লগা অহানবা জেনেভা কনফরেন্স শীনবীবগীদমক ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা স্যুইটস ফেডরেল ফ্লেগকি অঙাঙবা ফীরাল মপাক্তা অঙৌবা মচুনা ক্রোস য়েকপা অদুদগী লৌরগা অঙৌবা মপাক্তা অঙাঙবা মচুনা রেড ক্রোস য়েকপা ঈমব্লেম অসি চৎনবনি। মসিগী মথক্তা ফেডরেসন্না শীজিন্নবা ক্রেসেন্ট ঈমব্লেম, নেসনেল সোসাইটিশিংনা শীজিন্নবা ঈমব্লেম, ইন্টর্নেসনেল কম্মিটি ওফ রেড ক্রোসনা শীজিন্নবা ঈমব্লেমনচিংবা লৈরি। অদুবু ইণ্ডিয়ানা শীজিন্নরিবা রেড ক্রোস ঈমব্লেম অসি মীওই কয়ানা লান্না শীজিন্নবদা নত্তনা লনাই ক্লিনিকশিং, নর্সিং হোমশিং, হোসপিটালশিং, হীদাক কম্পানিশিং, মখোয়গী শিন্মিশিং, গবর্ণমেন্টকী হোস্পিটালশিং, ডিস্পেন্সরিশিং, ক্লিনিকশিং, ব্লড বেঙ্কনচিংবদা মখোয়গী চানবা সিম্বোলগী মহুত্তা লান্না রেড ক্রোস শীজিন্নরি। অসুম্না,

ঈমন্নেম অসিবু লান্না শীজিন্নরবদি মালেমগী মীওই কাওলুপকী ওইবা নিয়মগী মখাদা শাগৎচরিবা পান্দম অসি কায়হন্দুনা লানগী অশোক-অপন নংলবশিংনা ফংজগদবা খুদোংচাবশিং অসি ফংনরক্লোই অমসু রেড ক্রোস ঈহৌগী ফজখ্রবা নিয়মশিং অসিগী মগুণ মাঙহন্দুনা মালেম অসিদা মীওইবা খুনাইনা মায় পাক্লা চৎথরিবা ঈহৌ অসিবু য়েখাই থুগাইবা ওইনা থোক্কনি হায়বসিনি।

হন্দক্কী থৌরম অসিদা ইণ্ডিয়া রেড ক্রোস সোসাইটিনা শীন্দুনা ঈ দান তৌহনবগা লোয়ননা *'দি ট্রুথ অবাউট এইডস- পাস ইট ওন ...'* হায়বা থিম অসি পাঙথোক্লি। এইডসকি খুদোংথীনিংঙাই ওইরবা অচুম্বা মশক অদু অতৈ মীপুম তিংনা খঙহল্লু, অতৈগী খুত্তা পোৎলানখো হায়বা থিমনি। তমথীরবা লায়না অসিনা শন্দোরকপদগী শোয়দনা থিংবা ঙম্বদি অশেংবা ইনফোর্মেসনবু মীপুম খুদিং য়ৌহনবা অসিনি। থিম অসিনা এইডস মায়োক্নবদা থোইদোক্লা মতেং ওইরগনি। অদুবু কান্নবদি য়ৌনা ফংলোই। হন্দকি রেড ক্রোস ঈহৌগী ব্রাহম্বোক্লা মীয়ামদা অমসুং মরী লৈনবশিংদা পীফম থোকপা চাং অমসুং মগুনদগী নাথৈবা ওইনা থোকপা য়াই।

রেড ক্রোসকী নুমিৎকা মরী লৈননা লমদমসিগী মীয়ামগী মায়কৈদগী ব্রাফম ১/২দৎ নীংশিংবা তারবদি, লানফমদা শোক্লুনা লৈরবা মীওইশিংদা নত্তনা লানফা অমদি মীচমশিংবু ঙাকশেন্নবা হোৎনরিবা *আইআরসিআরসি মুভমেন্ট* না রেজন অসিগী প্রোগ্রেম ওইরিবা জম্মু-কাশ্মীর অমসুং অৱাং নোংপোক ষ্টেটশিংদা চঙশিনবগী মথৌ তারি। আর্ম কনফ্লিক্ট মায়োক্নরিবা ষ্টেটশিংগী অফবা তুংলমচৎকী মিৎয়েং অসিবু ***আইআরসিআরসি মুভমেন্টকি*** পাক-চাওথোরক্লিবা খোঙথাঙনা নাথৈবা তৌবীরোইদবনি। মুভমেন্ট অসিনা কাউরোইদবদি, ইন্টর্নেসনেল হ্যুমেনিটরিয়ান লো অসি কনফ্লিক্ট লৈবা মফমশিংখক্তদা চৎনগনি হায়বসিনি। ইণ্ডিয়া অসি কনফ্লিক্ট সিচুয়েসন লৈবা লৈবাক্লি। জম্মু-কাশ্মীর অমসুং অৱাং নোংপোক্তা আর্ম কনফ্লিক্ট চথরি। লানফাশিং অসি ওথোরিটিগী খুত্তা মপুঙ্গি মাঙনিংঙাই ওইবনা মখোয়বু মতেং পাংনবা হোৎনবদা ঈহৌ অসিনা ফংলিবা মেন্দেট অদু তশেংনা শীজিন্নদুনা লান্নংলবা মীওইশিংগী অৱা-চৈথেং হন্থনবা থোইদোকপা থৌদাং য়াফম থোকই।

লমদমসিদা নোংমৈ কাপ্পবগী মিংদা লানফাশিংবু হাৎতোকপিরিবা অমসুং মীচমশিংগী পুন্সিবু মশিং থীঙমদনা খাঙঙুথক্তা কেমহনখ্রিবা অমদি, ওৎ-নৈবিরিবা শক্লোন অসিনা লমদমসিগী তংদু লৈতাবা পুন্সি অমা লেনবা ঙমলক্ত্রি। কনফ্লিক্ট অসিনা চৈথেং পীদুনা মতম কুইনা চথবা তারকপদা নাকল অনীগী মীওইশিং অদুম্মক লানগী চৈথেং নংখিবা তাবগী অমদি মীচমশিং অশোক-অপন নংলবশিংবু তেঙবাং পীনবা, শোক্লবা মীচমশিংবু তেঙবাংনবা, অমদি টেরোরিষ্টকী থৌওং চথরিবশিংগী থৌদৌ হন্থনবা আইআরসিআরসি ঈহৌগী থবক অসি লমদমসিদা মপুঙফানা য়ৌহনগদবনি। ঐখোয়গী মীয়াম, লৈঙাকপা ওথোরিটিশিং অমদি মরী লৈনবা লুপশিংনা *আইআরসিআরসি ঈহৌ*গী থবক থৌরমশিং অসি লমদমসিদা ময়েক লানা চৎনহন্নবা হোৎনরগদবনি। ❑

# মে-ডে

## মালেমগী শিন্মীশিংগী নুমিৎ

লৈবাক অমগী মনুঙদা লৈরিবা মীওই কাঙলুপশিংগী মনুঙদা থবক শূরিবা কাঙলুপনা হায়বদি, লৌমী শিন্মিনা খ্বায়দগী মরুওইবা কাঙলুপনি। জাতি অমগী মখোঙদগী মতোল ফাওবা শেমগৎতুনা কয়াৎ চনখৎপদা লৌমী শীন্মীনা জাতিগী য়াঙলেন শরু ওইহন্নরি। লৈবাক অমদা ইনাকখুনবা লৈতবদি য়াই অদুবু লৌমী শিন্মিদি লৈতবা য়াদে হায়বসি জাতি শেমগৎলিবা আর্কিটেক্টশিংগী ৱাখল্লোন্নি। লৌমী শিন্মিগী পুন্সি অদুবু হিংহনবদা চঙদবা য়াদ্রবা শেল তানবগী মিৎয়েংদা শিন্মিশিং অদুনা মশাগী অমসুং ইমুং মনুং থাক্লবা হোৎনবগীদমক্তা মখোয়না শিন্থা পাঙথোকপা ওইনা উরবসু, শিন্মিশিং অদুনা শূরিবা থবকশিং অদুদি অতোপ্পা মীওইশিংগীদমক্তনি অমসুং মীয়ামগীদমক্তনি হায়বসি লান্দ্রবনি। অদুবু লৈরিবা দাবীদি, পুকফবগী শরুক থুংদে হায়বগুম্মা উ শুবনা কাংথোনদা হিপতে হায়বা অমসুং মেকানিকশিংনা কার অহনবা তোংবা ফংদে হায়বা শিন্মিশিংগী লায়না অসিনি। মতাঙ অসিদা মপু ওইগদবনা মনাই ওইরি হায়বা কাল মার্ক্সকী শাফু কল্লবা খোল্লাউ কনখৎলক্লি। পোথোক পুথোকপগী পাম্বৈ ওইনা লনাই লম্থুম ফংনবগী মফম লৈতে হায়বা খোল্লাউবু মরুওইনা লৌনরক্লি। মসিনা শিন্মিশিংগী মখোঙদা থাংলিবা য়োঠ্লিং ফলাং ককথত্তুনা থাক মান্ননা চাওক্খৎলবা মীওইবা খুনাই অমা শেমগৎপগী খোঙথাং থাংলকপা চহি ১১৭ ফাহনখ্রে।

মেগী অহানবা নুমিৎ অসিবু শিন্মিশিংগী নুমিৎ ওল্লকখিবগী ৱারীদি, থৱায় থাবা পাম্মুদনা ঈহৌ তৌখিবদুনি, ঈনা লৌখোঙ ওইনা চেনখিবদুনি, মীয়াম্মা হিংবগী পুৱারী মীয়াম মশামক্তা ইখিবদুনি। ইং ১৮৮৬ মে অমদা শিন্মিশিংগী অপূনবা ঈহৌ অমা চিকাগো সহরদা পাঙথোকখি। থবক শূবগী মতম হন্থনবা অমসুং শিন্মিশিংগী ফিবম ফগৎনবা হোৎনখিবা ঈহৌনি। শিন্মি লাক্ষ মঙা হেনবনা নুমিত্তুদা শরুক য়াখিবা অসিনা শেঞ্জাও পায়বা শিনশঙ মপুশিংদা অকিবা ফাওহনখি অমসুং ঈহৌ নমথনবা অঙন্বা শক্তি শীজিন্নখি। মেগী চৈচৎ ৩ অমসুং ৪গী ঈহৌদা শিন্মি ১০ শিখি, মশীং থীঙমদ্রবা কয়া অমা শোকখি। চিকাগোগী থৌদোক অসিবু মালেমগী মফম কয়াদা লৈরিবা শিন্মিশিংনা য়াম্মা কন্না য়ানিংদনা লাউনরকখি। ইং ১৮৮৯ জুলাই ১৪ দা পেরিসদা অনীশুবা ইন্টরনেসনেল মীফমনা মেগী অহানবা নুমিৎপু *'মালেমগী শিন্মিশিংগী নুমিৎ'* হায়না চহি খুদিংগী থৌরম পাঙথোক্লবা ৱারেপ লৌখি।

ইণ্ডিয়াদদি চেন্নাই সহরগী সমুদ্র খোঙবানদা শিন্মি লুচিংবা অমনা মচানুপীগী অঙাঙবা শাড়ি শেগাইরগা ফিরাল ওইনা ইং ১৯২৩ দা চিংখৎতুনা থৌরম অসি পাঙথোকপা হৌখি। ইং ১৯২৯ দদি ইণ্ডিয়া ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেসনা 'মে ডে' থৌরম অসি পাকশন্না পাঙথোকপা হৌখি। মসিনা অৱাং নোংপোক্কী শিন্মিশিংদা চাউনা শাফু পীরক্তুনা ইং ১৯৩৮ ফেব্রুৱারি থাদা ডিগবোই থাও কম্পনিগী মমাঙদা অৱাং নোংপোক্কী শিন্মিশিংনা ঈহৌ তৌখি। ইং ১৯৩৯ মে অমগী নুমিদাংদা হিজম ইরাবোতনা লুচিংদুনা মোইরাংখোমদগী লাক্লগা পোলিটিকেল এজেন্ট জিমসনগী লোয়শঙ ফাওদুনা চৎখিবা অসিনা মালেমগী শিন্মি ঈহৌদা লমদমসিনা শরুক য়াখিবা অহানবা শিন্মি ঈহৌনি। মসিদগী হৌনা লমদমসিগী শিন্মিশিংনা মালেমগী শিন্মি মরুপশিংনা ঈ কৎখিবা অদুবু নীংশিংদুনা শিন্মি ঈহৌগী থৌরম অসি পাঙথোক্তুনা লাক্লি। ষ্টেট গবর্ণমেন্টকী লোয়শঙশিং, লনাই লুপশিংদা নত্তনা ছুতি লীক্লা ফংজবা পাউ-চেশিং ফাওবা খুৎ লেপ্তুনা নুমিৎ অসিবু ইকাইখুম্নবা উৎনরি। শিন্মিশিং য়োকখৎপদা য়ুম্ফম ওইবা লেফ পার্টিশিংনা থৱায় য়াওনা থৌরম পাঙথোক্লরি। নীঙবা কায়বদি, লমদমসিগী শিন্মিশিংদি লেমজনিংঙাই ওইবা থাক অদু ফংবদি লায়রদুনা হীরম কয়াদা শোখরি। গবর্ণমেন্টকী থবক তৌবশিংগী ফিবম ফৎচিল্লক্তি। মসিদগী অমুক্কা হেন্না প্রাইবেট সেক্টরগী শিন্মিশিংনা হেন্না ফিবম শোকথরি। মণিপুর গবর্ণমেন্টকী ইষ্টাব্লিসমেন্টদা শিন্মি মশীং অসি ইং ২০০১-২০০২ গী ওইনা, ষ্টেট গবর্ণমেন্ট ইষ্টাব্লিসমেন্ট মশীং ৭০৮, ক্বাসি গবর্ণমেন্ট ইষ্টাব্লিসমেন্ট মশীং ৫১ অমসুং লোকেল বোডি ইষ্টাব্লিসমেন্ট মশীং ১১ দা মথংশিংনা থবক তৌবা মীওই ৬৪,২৯০; ৩,৩০৭ অমসুং ৩,৯১১ ওইদুনা পূন্না মীওই ৭১,৫০৮ থবক তৌরি।

অদুবু ইমপ্লোয়ীশিংগী ৱার্ক কলচরনা পীরিবা লেমজনিংঙাই ওইবা খুদোলশিং অসি শীঙথানদুনা মে-ডেগী থৌরমদা ফজ-ফজরবা লেকচর পীনরবসু পেন্থোকপা ঙমদবা মফম য়াম্না লৈরি। তশেংনমক, প্রাইবেট সেক্টর ইমপ্লোয়ীশিং নত্তনা ষ্টেট গবর্ণমেন্টকী ইমপ্লোয়ীশিংনা পীরিবা ৱার্ক কলচরদি ৱাহং ওইনা লৈরি। লমদমসিগী শিন্মিশিংনা থবক শূবা নোম্বগী মওং অসি মালেমগী থাক্তা য়েংনরুবা মতমদদি য়াম্না নেম্বা থাক্তা লৈহৌরি। অদুগা শিন্মিশিংগী মরক্তা অয়াম্বনা ৱার্ক কলচর পীবদি লায়রদুনা লৈথোক্লদবগী থবক্তা ওফিস থেঙনা কাৱক্লগা ঙন্না হনখিনবা হোৎনবা অমসুং টেবলগী চে চৎপদা অমোৎপা, শেঙ্গা থুমজা তৌবগী ৱাফম অসি অরোনবা ওইদ্রে। মসিনা রেকোর্ড অমা থমদুনা নেসনেল অমসুং ইন্টর্নেসনেল লিষ্ট ওফ করপসনদা মমাঙ ওইরপ চেলেহল্লিবনি। মসিনা লেমজনিংঙাই ওইবা মণিপুরগী মিংচৎ কয়াবু চিংথহল্লিবনি। মরম অসিননি, লমদমসিদা মে ডে লাকপগী মগুণ খরা

হন্থনা তৌরম্মি হায়নরিবা। অদুবু ঐখোয়গী অপাম্বদি, মালেমনা মে ডেবু ইকাইখুম্ন বগুম্না ঐখোয়গী গবর্ণমেন্টকী শিন্মিশিংবু মতীক চানা ইকাইখুম্নবা য়াবা মফম ফংনবা ৱার্ক কলচর অদুমক ঐখোয়না আশা তৌরি। মসিগী মনুঙদা বেঙ্ককী ইমপ্লোয়ীশিং, পাউ চেশিংগী ইমপ্লোয়ীনচিংবনা পীরিবা ৱার্ক কলচরশিং অসিদি তশেংনা ফিদমনিংঙাই ওইরি। মখোয়গী জোব সেক্যুরিটি থম্বীবগা লোয়ননা অতৈ ফেসিলিটি কয়ামুক ফংহন্নবা হোৎনবনা মে ডেগী অশেঙবা ৱাহন্থোক ওইগনি।

অমরোমদনা মহৈ মশিল তম্নুরগা থবক ফংদবা মীয়ামগী তুরেল অমা চহি খুদিংগী লেপনায়দনা চেম্থত্রিবা, ঈথক ঈপোম হৌহনবা ঙমদ্রবা ঈরিকশিংদুনা আশাগী য়ুমফম কায়খিদুনা মায়কৈ কদোমদা পাংনখ্রিবা, য়াইফবা তুংলমচৎ অমা পীবা ঙমগদবা থবক শৃজনিংবা অনৌবা মীরোলশিং লৈকাই খুঙ্গংদগী মকোক্তা মখুৎ হাপ্পরিবা অৱাবা শক্লোন অসিবু কন্নবা হোৎনবসু মে ডেগী পান্দম ওইফম থোকই। ষ্টেট ইমপ্লোয়মেন্ট এক্সচেঞ্জগী লাইব রেজিষ্টারদা ইং ২০০১-২০০২ দা লৈরিবা রেকোর্ডকী মতুংইন্না থবক তান্নরিবা মীশিং ৪,০৯,৬৫২ ওইরি। রেজিষ্টার তৌদবা লাখ কয়া লৈরি। ঙসিমক ওইরিবা থবক ফংদবগী ফিবম অসিদগী অমুক ফগৎলক্কনি হায়বগী মমি ঙসি ফাওবা তমদ্রি। মরমশিং অসিগী মনুঙদা অমদি ঙসি মালেমগী থাক্তা হোংলক্লিবা শেন্থুমগী খুজিল থৌরাঙনা পীরকপা শাফুননি। *এলপিজি* হায়না খঙনরিবা *লিবরেলাইজেসন, প্রাইবেটাইজেসন, গ্লোবেলাইজেসন* অসিনা মালেমবু খুদুম চনশিল্লকপগী শক্তম অমনি। মসি শেঞ্জাউ পায়বা চাওখৎলবা লৈবাক্কী খুজিল থৌরাংনি। য়ুএসনা মালেমগী কৈথেলশিং শুপ্পায় পায়বা হৌরকখিবগী চৈথেঙনি। ফ্রি ট্রেদ অসি অহানবদদি ফগদৌবগুম নীংলমই। অদুবু মসিনা ঙসিদি লমদমসিগী পোত্থোকশিংবু নমহৎলবে। মালেমগী কম্পিটিসন য়াওরম্বা ইয়োংদি মখুৎ তৎলে। কঞ্জ্যুমরিজম নেটৱার্ককি মগুণ লৈবা পোত্থোক কয়া কয়ানা ইমুংগী অহল তাক্লমদনা চাকখুম্মাঙদা কৈথেল শেমলক্লি। থোং মান্নদ্রিদৈদা কম্পিটিসন য়াওশিল্লুই, টারিফ লৌথোক্লগা চাংদম্নরুই। ৱার্ল্ড বেঙ্কদগী পৈশা পুবা তারবদি পব্লিক সেক্টরশিং প্রাইবেটাইজ তৌবা তাই। প্রাইবেটাইজেসন লাকপা মতমদা জোব সেক্যুরিটি মাঙবা তাই। মীওই লীশিং কয়াগী পুকচাক থদত্তুনা পব্লিক সেক্টর কয়ানা ঙসি থোঙ লোল্লি। *এমএসআরটিসি, স্পিন্নিং মিল* নচিংবা মরুওইবা সেক্টরশিং মুৎখিবা তারি।

হৌজিক লাক্লিবা মরুওইবা ৱাহংদি, লমদমসিগী পোত্থোকশিং মখা তানা পুথোকপা ঙম্নবা ঙসি করম্বা ফিরেপ লৌফম থোকপগে? শৃ-নোম্বা পামজবা মীওইশিংগী হয়েংগীদমক ঙসিগী মীরোলনা করি শিন্নরম্বা তারিবগে? নাইতোম মায়োক্লবগী মহুত্তা মালেমগী ওইবা শিন্মি ঈহৌনা শিন্মিশিংগী হক কঞ্জনবা হোৎনবা হায়বসি ঙসিগী মে-ডেগী পাউখুম ওইরক্লি। ❑

# ৱার্ল্ড ইনভাইরনমেন্ট ডে

মালেম লৈকোয়পুঙ অসিগী অচৎ-চত্ত তোঙান-ভোঙানবা থৱায় পানবা-পান্দবশিংগী হৌরকফম ওইরিবা মফম উমং-ৱামংবু মীওইবা মশামক্না মাঙ-তাকহনবীরি। পাক-চাউখ্রবা ইকোসিষ্টেম অমদি থৱায় পানবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা হী-য়াই পুবী লনগৈশিং অসি তাইবঙ মী কৌবা কল্লক-কঞ্জাউবা কনবা অসিনা খুন্দা লৈতারকখিবদগী পুম্মুৎ মুৎখিবা য়াবগী অকিবা নংলি। তাঙলবা মখল কয়াগী থৱায় পানবশিং অমসুং পান্দবশিংগী শাগে কয়া কয়া মুৎলকপনা মমৈদা মীওইবনা অশেংবা শ্বর হোনফম ফংদনা মীওইবগী পুন্সিদা মহৌশানা অরোয়বা ওইনা শীঙনরক্লগদ্রা হায়বগী মিপাইবা পোক্লরক্লে। ইঙ্গ্রগী শ্বর হোনফম ফংদ্রা অৱাং নোংপোক্কী উমংশিং শোকচিল্লকখিবগা লোয়নবা মণিপুরগী উমং-ৱামংশিংদি মহৌশাগা লৈমিন্নবা হৈতবা মহাক্কী মচাশিংগা লোয়ননা অরোয়বা মাঙ-তাকপগী পুঙফম ঙাইবগুম তৌরি। মতাঙ অসিদনি, মরু কোক্লবা চীংমায়শিং অসি উৎলদা পূক্লিং ফাথবা ঙমদ্রবা মণিপুরগী গবর্ণর বেদ প্রকাশ মরৱানা পেন্দনা ফোঙদোকখিবা অদু। *"মহৌশা ইমানদি মণিপুরবু মহাক্কী ইনাকখুল্লবা লনগৈ পীবিরম্বনি। অদুবু মণিপুরনা ঙসি মায়োক্লরিবা (মহৌশাগী মহৈ) অসিদি মী মশানা শেমজবা চাউখত্তবা অদুনি।"*

পূন্না হিংমিন্নরকপগী ৱারী শীঙবুলনা ঙসি ফাউবা লীপূন ওইবদা অকায়বা লাক্লিবসি অদুঙৈ মহৌশাগা লৈমিন্নবা হৈরম্বা ঐখোয়গী ঈপা ঈপুগী মচুম ঙসিগী মীরোন্দা তারক্লিবা অসিনা ওইগনি। ঙসিগী ওইরক্লিবা লমদমসিগী ইনবাইরনমেন্ট য়াম্না ফিবম ফৎত্রে। অঈং-অশা, ঈকং-ঈচাওদা চৈথেং পীরকপদা নত্তনা চীংদা ঈশিং ফংজিল্লক্তরে। নোংজু থা হেক লোইখিবগা লোক্কী ঈচেল তৎলে। ঈচুম-ঈফুৎ থকখ্রে। ঈশিং গেলোন বিল্লিয়ন কয়া তুঙশিনবা ঙম্বা লাইওইরবা চীংগী উপালশিং য়ানথৎপিখ্রে। ঝুম লৌউনা উরা-ৱারা ফুকখ্রে। নোংজু পান্থাদা নোংগী ঈশিং অখাকপা লৈতনা চেন্থরক্লে। ঈশিং ঈচাউ, ঈকং নংলে। ঈফুৎ থোকত্রবদি মহৌশা খুল তারমদবদু ঙসিদি ঈফুৎ কংখ্রবনা মপা-মপু কাউনরক্লে। অশেঙবা ঈফুৎ থোকফমদা খুঞ্জাশিংনা নাৎকী থৌরমদা নত্তনা লুর-লুরবা শরী নামুংবগী থৌরমশিং পাঙথোক্লরম্বদু ঙসিদি ঈশিংখোং কংশিল্লক্লবনা মহৌশাগী লীক্লম নাথৈবা তারক্লি। ফিবমসিদা ঐখোয় কৈদৌবা তারিবা হায়বসিনা ঙসিগী য়াম্না মরুওইবা ৱাফম ওইরক্লি।

য়ুএন জেনরেল এসেমব্লিনা জুন ৫ বু *ৱার্ল্ড ইনভাইরনমেন্ট* ডে হায়না পাঙথোক্লুনা মীওইবগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশিং অমসুং ফিবমশিং অসিবু য়োকখৎনবগী অমদি ফগৎহন্নবগী লৌশিংগী ওইবা থৌরাঙশিং ময়েক লানা চথবা

হৌরকখিবগী শমলপ্পা ৱাফম অমা নীংশিংহৌবা চুমগনি। *য়ুনাইটেদ নেসন্স ইনভাইরনমেন্টেল এজেন্সি* না শীন্দুনা 'ইন্টর্নেসনেল কনফরেন্স ওন হ্যুমেন ইনভাইরনমেন্ট' হায়না ইং ১৯৭২ জুন ৫-১৪ দা ষ্টোকহোল্মদা পাঙথোকখিবা মীফম অদুদা লৈবাক ১১৪ গী মীহুৎশিংনা শরুক য়াখিবনি। মীফম অদুদা এক্সন প্লান ১৫০ অমসুং নিয়ম ২০ শেমদুনা ইকোসিষ্টেমগী পারবা খল অদুবু ঙাক-শেনবদা অমসুং তুংগী মীরোলগীদমক্তা খাক্তুনা থম্নবা যানখিবগা লোয়ননা অপূনবা মীওইবা খুনাইগী 'মালেম অমখক্তনি' হায়বা মোটো অসি য়ানদুনা জুন ৫ বু মালেমগী ইনভাইরনমেন্টকী নুমিৎ হায়না লাওথোকপদা য়ানখিবনি। ইং ১৯৮২ দা নাইরোবীদা পাঙথোকখিবা কনফরেন্স অদুনা ইং ১৯৭২ দগী ১৯৮২ ফাওবগী মালেমগী ওইবা ইনভাইরনমেন্টকী রিপোর্টশিং খন্নদুনা তুংগী ওইবা থৌবাঙশিং শেম-শাবগী মীফম ওইখি। রাইও ডে জানেরোদা 'মালেমগী মীফম অমা' ইং ১৯৯২ জুন ৩-১৪ দা 'ঐখোযগী অপূনবা তুংমলচৎ' য়োকখৎনবা হায়না হীরমসিদা পাঙথোকখিবা মীফম অদুদা ইণ্ডিয়া য়াউনা লৈবাক ১১৫ গী মকোক থোংবা মীহুৎশিং, গবর্ণমেন্টকী মিসন ১০,০০০ অমসুং খুনাইগী লুপ ২০,০০০ না শরুক য়াখিবনি। গ্রীন হাউস গ্যাস ইমিসন, খুৎশাহৈবগী পোথোক পুথোক্লবকপা, মীশিং য়ামখৎসকপা, শেন্লুম, উমংশিং অমসুং ডিগ্রেদেসন হায়বা হীবম ৬ তা খন্ন-নৈনখিবা মীফম অদুনা রাইও ডিক্লারেসন অমসুং হীরম ২১ গী ওইবা চাউখৎ-থৌরাংগী ব্লু প্রিন্ট অমা লাওথোকখিবদু শাঙথাবা য়াই। মদুদগী হৌনা জুন ৫ বু মালেমগী ইনভাইরনমেন্টকী নুমিৎ হায়না পাঙথোক্লক্লি। হন্দক্কী ২০০৩ গী থিমদি ঃ water- Two Billion People are dying for it! অসিনি।

মালেমগী বাইও ডাইবর্সিটিগী মমিং চৎলবা *হোট স্পোট মেগা সেন্টর* ১২ লৈবগী মনুংদা ইণ্ডিয়াসু অমা ওইরিবগী মরম চীংথনিংদবা লৈরি। য়াম্না মরুওইবা ইকোসিষ্টেমশিং লৈদুনা বাইও জোগ্রাফিগী মফম ১০ লৈরিবা অমসুং মহৌশাগী শক্তম কন্দুনা লৈরিবা মফম (বাইওটিক প্রোভিন্স) ২৫ ইণ্ডিয়াদা লৈবা ওস্নগী মরমদি ইনভাইরনমেন্টকী মরী লৈনবা ঈহৌশিং অমসুং এক্টশিং অসিগী মথা পোনগনি। খুদম ওইনা খা ভারতকী ৱারী অমদা মী অমসুং শাগী লুরেন কক্তুনা উখোঙদা ফুমদুনা উমং য়োকখৎপগী চৎনবী লৈ। খান্দব উমং মৈ থারুবদগী আর্জুন্না তাহৈদ্রবা মীচৈ নংখিবা, হিন্দু লাইনিংবশিংনা লাইনীং কোন্দা উমং-ৱামং, শা-ঙা, থৱায় পানবা অমসুং পান্দবশিংগা পুন্না লৈমিন্নবা হৈরকপগী লীক্লম লৈরি।

চহি ৪০০ মুক্কী মমাঙদা রাজস্থানদা সম্বাজি কৌবা লাইনিংবা অমনা হৌদোক্লম্বনি হায়না থাজনবা *বিশনোই ঈহৌনা* উপালশিংদা খুরুমই, উ য়ানবা থিংই। অদুগা, উত্তর প্রদেশকী চমেলি ডিষ্ট্রিক্টকী মনুংচন্না লৈবা মন্দল খুঞ্জাশিংনা ইং ১৯৭৩ দগী হৌনা উ য়াম্থৎপগী মায়োক্তা ঈহৌ তৌরকখি। মদুবু *চিপকো ঈহৌ* হায়না খঙনরি। অতোপ্পা অমনা, পেরিয়ার তুরেলগী ঈতিনফম ওইরিবা নোংচুপ ইণ্ডিয়াগী সমুদ্র খোঙবানগী কোঠিপুঝা কৌবা মতম খুদিংমক্তা শংদুনতা লৈরবা শুক্লবা উমং অসিমক্তদা মেগাৱাট ৭৫ গী হায়দ্রো

ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্ট অমা শাবগী মায়োক্তা *বা ঙাঙদবা তম্পাক্কী ঈহৌ* চত্থদুনা মখল মথেলগী তাঙলবা থৱায় পানবশিং অমসুং উপাল ৱাপালশিংগী শাইদাংফম অসিবু কনবীয়ু হায়না ঈহৌরি। অদুগা, মী কুণ্ডনা তাবা বালিয়াপাল খুঙ্গংগী খুঙ্গাশিংনা লৈহাউ লৈরবা লমজাওসিবু মিসাইল চাংয়েংফম ওইবগী মায়োক্তা ঈহৌ চৎথরি। অদুগা অমনা, বাবা আমটে অমসুং মেধা পাঠকারনা লুচিংবা *নর্মদা বচাউ অন্দোলন* অসি নর্মদা তুরেলগী মথক্তা লুপা ক্রোর ১০০০ চঙনা মল্টিপর্পোজ প্রোজেক্ট শাবগী থৌরাং অসিগী মায়োক্তা লেপ্লি। বুকর প্রাইজ ফংখিবী অরুনধাটি রোইনা এনবিএ অসিবু শৌগৎলি। টিপাইমুখ দাম প্রোজেক্টনা ইনভাইরনমেন্টতা অকিবা পীগদবদুগী মণিপুরগী মীয়াম্মা য়ানিংবা লৈত্রি। ঈহৌ অসি ঙসি ফাউবা ব্রোং ব্রোং শৌনা চত্থরি।

ইনভাইরনমেন্টকা মরী লৈনবা ইণ্ডিয়াগী এক্টশিং পল্লবদা, The Indian Forest Act 1927, The Wildlife (protection) Act 1972, The water (prevention and control of pollution) Act 1974, The Forest (conservation) Act 1980, The Environment (protection) Act 1986, The Public Liability Insurance Act 1991, The National Environmental Tribunal Act 1995, The National Environment Appellate Authority Act (Policies) 1997, The National Forest Policy 1988, The National Conservation Strategy and Policy Statement on Environmental Development 1992, The Policy Statement on Abatement of Pollution 1992.

মণিপুরগী কন্টেক্সদা ইনভাইরনমেন্ট ঈহৌগী য়ুম্ফম থোইদোক্না শীঙথাবা য়াই। লমদমসিগী লাইনীং নাৎকী লুরবা থৌরমশিংদা তূ-খোংগী ঈশিংদগী থৱায় শাগৎপা, ঈরম খোংলমগী মতুংইন্না য়ুমশা-কৈশা চত্থরকপা, চীং অমসুং তমগী উমং য়োকখত্তুনা ঈপা ঈপু পোকপা লাইরেম্বা লাইরেম্বী (উমংলাই) লাৎলকপা, সোসিয়েল ফোরেষ্ট্রিগুম্না লাইকোনশিংদা চত্থরকপা ঈপা-ঈপুনাৎ অসিনা লাইশক য়াম্বগী মতীক কান্নহল্লি, অশং-অমানগী ঈংলবা কুরাংপানগী কুয়োমনা মালংপানবু কুপশিলহল্লি। অদুবু লাইবক থীবদি চীংগী ঈপা ঈপুশিংনা অদুঙৈগী উমং-ৱামং অমসুং ঈশিংগা লৈমিন্নবা হৈরক্লবসু হৌখিবা মীরোল ১/২ গী মনুংদা পাক্তক্লনা উপাল ৱাপাল য়ানথৎখিবনা মহৌশাগী থল শাথীনা কায়থরক্লি। অকিবগী মশক ফংনা মাঙ-তাকপগী মমি তমলি। অয়ম্বা তুংলমচৎ অসিবু কনাশি হায়রবদি য়ুএনগী থৌরম অসিদা মপুঙ ফানা য়াওশিনবা তাই। মালেম লৈকোয়পুঙ অসিগী খ্বায়দগী মমল য়াম্লবা পুক্নিগী লনগৈবু ঙাকশেন্নবা ঐখোয় পুম্নমক্না হোৎনমিন্নবা তাই।

ঐখোয়গীনা করম্না করিগী অমসুং কনানা কদায়দা পাঙথোক্লিবগে হায়বসিনি। সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি লোয়শঙ মণিপুরদা লৈরকখিবা মতুংদগী হৌরগা থৌরম অসি

পাওথোরকখি। ষ্ট্রিট রেল্লি, সাইকল পেরেদ, গ্রীন কোনসর্ট, এসে এণ্ড পোষ্টর কম্পিটিসন, উ থাবা, অমোংপা শেংদোক-খোংতোকপগী কেম্পেননচিংবা পাওথোরকই। ঈ-পাউ লৌশিং পীনবা সেমিনার, ৱার্কসোপ পাওথোকপা, য়ুনিভর্সিটি অমসুং কলেজগী থাক্তা রিসার্ছ প্রোজেক্ট কয়া চথৈ। লনাই লুপশিংগী খুথাঙদা ইনভাইরনমেন্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম কয়ামুক মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংমক্তা চথরক্লি। রিসার্ছ প্রোজেক্ট কয়াগী খুথাংদা অমসুং লীলা ড্রামা কয়াগী খুথাংদা এৱার্নেস এডুকেসন পীরক্লি। থৌরম অসি পাওথোকপদদা লুপা লাক্ষ কয়া খরচ তৌরি। ইনভাইরনমেন্টকী মরীদা কয়ামুক পুকচেল শেংনা পাওথোক্লদুনা মীয়ামদা শাফু লৈনা এৱার্নেস পীবা ঙমলিবরা হায়বদুদি খরা মুন্না য়েংহন্নিংঙি। হীরম অসিদা মরুওইনা চীংগী ডিষ্ট্রিকশিংগী মীয়ামদা ইনভাইরনমেন্ট এডুকেসন পীবা ঙম্লবা চীংলৈচা ঈরুপলোয়শিংগী মহৈরোয় লুপশিং, খুনাইগী অমসুং নুপী খুনাইগী লুপশিংগী থোইদোক হোন্দোকপা মীৎয়েং চিংশিন্নিংঙি। ❑

# মালেমগী শেল পীক্লা পীজিন্নবা নুমিৎ

চহী খুদিংগী ওক্টোবর ৩০ দা মালেমগী থাক্তা পাওথোক্লিবা 'ৱার্ল্ড থ্রিফ্ট ডে' অসি মণিপুরদদি থোইনা হেন্না মরু ওইররি। লমদমসিগী মমীৎ তাঙলবা চৎনবী, হৱাও কুম্মৈগী ঈচাউনা থুম্মৎলবা, মরোল-মরাঙ তাক্লবা মণিপুরী খুনাইদা নুমিৎ অসিবু শক খঙহনবিবা অমদি মফম পীবগী মথৌ তাবা য়াম্না চাওরি। মপান লমগী কলচরেল ইম্পরিয়েলিষ্টনা চাক্তারকস্লবা মতুংগী চহীচা ২/৩ অসিদা ওইরক্লিবা মীতৈ খুনাইগী পুন্সি শক্তম অসিদি য়াম্না পুক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইরি। মায়দা পক্লিবা অমোংপশিং উনা উনা লৌথোকপা ঙমলক্লবা অমদি মখোঙ থোংনা লেপ্পা ঙমশিল্লক্লবা মমীৎ তাঙলবা চৎনবীনা নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল শাফু লৈনা লমজিংদুনা অশি থোঙ তম্না চঙশিল্লিবা খুনাইনি। কুমজা কয়া রিপ ভান ৱিংকলগুম তুমখুল হল্লুরবা মতুংদা ঙসিসু হৱাও কুম্মৈগী ঈথক ঈরাঙদা তাওথরি। শিবা ঙাইরি। মতম অমা মৈত্রবাক্কী পুৱারী ঈচেল চেম্থুরিঙৈ মশাগী পোখোক্লা। হিংনবা হোৎনরম্বা মখোঙ মরোমদোম লেপচবা ঙমলম্বা অমসুং অদুগুম্বা নেসনেল কেরেক্টরনা মতমদুগী মীতৈগী লূ-তোংদা, ঈগী ঈচেলদা চেল্লম্বদু ঙসি ওইদ্রে। ঙসিদি হৱাও কুম্মৈনা মখোঙ চাথৎলবা মরা তাদ্রবা

খুনাই ওইরে, উতাংবীগী পুন্সি শক্তমগা চপ মান্নরক্লে। মতৌ অসুম্না চহী চুপ্পা হরাও কুম্মৈগী ঈফুত্তা তাউদুনা লৈবনা মশা মশাগী নামৎ মাঙবদা নত্তনা শেল অমসুং মতমবু খরচ তৌবদা নুপা নুপী ইমুং হুপ্পা খুৎচাউ থানরিবা লমদম অমা হায়বদু ওইরি, মালেমগী মনুংদা অঙকপা অত্তাঙবা লমদম ওইরি।

হরাউ কুম্মৈদা শিজরগে হায়বা খুনাই ওইবনা অমুকসু মতমগী অকে-অমৌগী লকজরিগী অরং-অরাকনা শুদ্ধৎপা লায়না ঙমলি। কুম্মৈগী ঈচাওদা মরোল মরাঙ তাক্লবা, শেম্পোক ব্রাৎলবা খুনাইগী মীয়াম্না মশা মশাগী কোম্পোঙ লোন্দবা মরমনা অকে অমৌগী পোৎলমশিংনা মকা লাম্না মনীং তম্না মীতৈ ইমুংদা চঙলি। মতীক মপা চাদনা শীজিন্নরি। অমুকসু, লল্লোনবনা লেপ্পা মমলদা ঐখোয়না কঞ্জুমর ওইদুনা লৈঙাকপা অমসুং লল্লোনবগী খুবামনুংদা লৈন্নবা মীয়াম ওইরি। লমদমসিগী পোখোক্তা যুম্ফম ওইবা শেম্মিৎলোন লৈতনা ইচা ইশু শেম্বা তাবনা লমদমসিগী ওইরিবা কনফ্লিক্ট সিচুয়েসন, কর্ফিয়ু, বন্দ-ষ্ট্রাইক, রেলি, লুট-পাঠ, সেক্যুরিটিগী মীওৎ মীনৈ, এনকাউন্টরগী মিংদা পঙহাৎ-হাৎপা অসিনা মীবমদা মচা মশুগী লাইরিকী, ট্রেনিংগী অসিনচিংবা থাদোকপা অসিনা অচৌবা ঈচেল ওইরি। ফিভমশিং অসিনা মরম ওইদুনা শেল লীক্লা শীজিন্নবা ঙমদবা অমসুং মীয়াম্না পীক্লা শেল তুংশিনবগী থৌওংদা খুৎলোয়না শরুক যাবা ঙম্নদে। থৌওংশিং অসিনা বেঙ্ককী ফিভমদসু অকায়বা ওইহল্লি। মরম অসি লৈবনা লমদম অসিগী শোকচিল্লবা লৈঙাক-খুনাইগী ফিভম অসিদগী কনবা তাবদা *'ব্লার্ন্ড থ্রিফট ডে'* পাঙথোকপগী ব্রাহম্পোক লৈহল্লি। লনাই মীওইশিংগী অমদি লৈবাক খুনাইগী হিংবগী ফিভম ফগৎহনবগী লম্বী পীরিবা অসিগুম্বা নুমিৎ অসিগী কান্নরবা ব্রাহম্পোক পীবা ঙম্নবা নুমিৎ অসিগী থৌরমবু করম্বা চাংদা, করম্বা থবক থৌওংগা লোয়ননা পায়খৎতুনা পাঙথোক্কদগে হায়বসি ঐখোয়গী ঙসিগী মরুওইবা ইসু ওইরক্লি।

নুংগী ওইবা মীৎয়েংদসু, শেল লীক্লা শীজিন্নবা হায়বসি পুক্লিং ব্রাখলবু নীংতম্বগী পংখৈ নাইহন্দুনা পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংদা তৌগদবা অমসুং তৌরোইদবা থৌওংশিং য়াখোকহনবনি। ব্রাখলনা মোংলকপা খিবিক পুক্লিংনা ফাথরগা থম্মোয় ঈপাকপু মোং হাহন্দনা চীং লেমনা লৈহন্নবা হোৎনবা মীৎয়েংনি। ঈথক ঈরাঙ পুরবা হরাও কুম্মৈনা লাঙ্গোয় চনশিনপ্রবা ঈশাবু ঈশাগী ওইদ্রবা মীগী ওইখ্রবা মীওইশিংগী খুৎচাও থাবা পুন্সি মহিংদা অখাকপা নাইহল্লিবা অমসুং মমীৎ তাঙলবা চৎনবীদা শাদোঙ ওইরগা চৎলিবা খুনাইগী মীয়ামদা তুংলমচৎকী মরন্নাই পুন্সিগী ওইরক্কদবা শক্তমবু উহন্দুনা তগৎ-তগৎ তেক্লা হিংনবগী আসা পীবা থৌওং অমনি। তাঙনা ফংলিবা পুন্সিগী পান্দমবু ফংনবা হোৎনবদা চেকশীন-খোইজিনবা হায়বা থোইদোক্লা মরু ওইরবা নুংগী ওইবা ভেল্যু অসি মশক খঙননবা অমসুং মসিবু মহাউ তংননবা পুন্সিগী খোঙথাং অমা থাংহনবনি হায়বা

য়াই। মতাঙ অসিদা অব্রাহম লিনকোলনবু নীংশিংবা য়াই ঃ "নহাক্না লীকপবু থৌশাদ্রবদি নুংঙাই-য়াইফনা পানবা ঙমলোই অমদি নশাগী শেন্থোক ব্রাংমদা খরচ তৌদুনসু পুন্সিগী খুদোংথীবা কোকহনবা ঙমলোই।"

নুংলোন অসিবু পীনবা হোৎনবগা লোয়ননা মসিবু হাপচিনবা চনগদবা অমসুং চল্লোইদবা পাত্র খুদিংমক্তা অহানবা খোঙথাং ওইনা, প্রাইওরিটিদা তৌফম থোকপদি শেল তৃঙশীনবা অসিনি। শেল লীক্লা শীজিন্নবা হায়বসি শেল ইচৎ-চৎহন্দবনি, হায়বদি শেল লেমহনবা অমদি থমজিনবা অসিনি। অসুম্না শেল তৃঙশীনবা অমসুং লীক্লা শীজিন্নবা হায়বা অনী অসিমক মীওইবগী লনথুমগী সাইন্স নৈনরিবশিংগী মরক্তা লোইনাইদনা য়েৎনরিবা ব্রাফম অমা ওইবদা নত্তনা মীওইবা খুনাইগী লীকলমচৎতা মচু মশক থোক্লবা পুরারী অমবু ইহল্লিবা মীওইবগী শেম্মিংলোনগী ওইবা লীচৎনি। মসিনা মালেমগী থাক্তসু লাওরিবনি- "লীকপা হায়বসিবু পাপলা?" মীতৈ পাউরৌদসু অরিকপগী মরল শুন্না চায় হায়নৈ। শুন্না চাদনবা উৎসব মেলা তৌনরকই, হরাও কুম্মৈগী লোইবা নাইদ্রবা ঈচেলদা গঙ্গা যমুনানি খন্না ঈরুপচরকই। ঈথক ঈরাঙদা খুৎচাও থারকই, লীক্তনবা। লৈকায় খুলদা কনাগুম্বা অরিকপা য়াওরকপদা লৈপুঙ ব্রারীগী মথেল ওইনরম্মী, নোক্লফম ওইনরম্মী। মহাক্লা ঙসি নুংঙাইজরিবদু তুং-কোইরোই, কান্নরোই; অরিকপগী মরল শুন্না চাগদবনি হায়নরকই। হিন্দুইজম ঈচেলদা তাউথোকখিবদগী খুনাইগী মীৎ তাঙবগুম তৌরকখিবা অসিনা অরিকপবু নোক্লবা অপৌবা ইপা ইপুগী চারোল-শুরোল ওইনা উহল্লকখি।

অদুবু মীতৈ হিন্দু নত্তবা অতৈ মীতৈশিং হায়বদি মীতৈ পাঙলনচিংবগী খুনাইদদি লীক্লা শীজিন্নবা হায়বসি ফিদম অমা ওইনা লৌদুনা লাক্লে, সেভিং স্কিমশিংদা শরুক য়াম্না য়ানৈ। গ্রেড ফোরগী ইমপ্লোয়ী ওইরবদি লৌ ইংখোল লেপ্লা হেক্তা ঙম্মি। মসিমক্লা ব্রাল্ড থ্রিফট ডেগী খুদম পীনিংঙায় ওইরি। অদুগা, মীতৈ হিন্দুগী পুন্সি মহিংনা খুনাইবু শেন্থুমগী ইনষ্টিট্যুসন অমগুম লৌনৈ, খুনাইদা হায়পোথিকেট (বন্দান) তৌনৈ। ইচা ইশু শেন্বা (ইনবেষ্ট তৌবা) নত্তবা, লুহোং-কৈহোঙবা, চৎনবী-নাৎকি থৌরমশিং পাঙথোকপদা থৌবুরেনগী শেল ইতিং-তিংদ্রবসু য়াই। চৎনবীগী থৌরমশিং অসি মরুপ, শীঙলুপ অমদি লৈকায় খুনাইগী পোৎপাঙ খক্তগী মতেংনা পাঙথোকনৈ। মসিনা নাকল খরদা অফবা লৈরবসু, ঙসিগী হোংলক্লিবা ফিভম অসিদা খুনাইদা বন্ধান থমদুনা থৌরম পাঙথোকপগী মওং অসি কা হেন্না খুৎচাউ থাগনবা মওং ওইবনা য়াম্না অকায়বা লাক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা মীচম মীয়ামশিং খুৎ তৎপা ওইরক্তুনা মচা মশুগী ইনভেষ্টমেন্ট ঙম্ন রক্তরে; মরুপ মপাঙগী, শাগৈ নাতৈগী মচা মশু শেন্বদা তেঙবাংনবা ঙম্নরক্তে। অসিগুম্বা খুনাইগী চৎনবী অসি স্মোল সেভিংস স্কিমশিংদা শরুক য়াহন্দুনা লীক্লম থৈহৌদ্রবদি তুংলমচত্তা অফবা, ওইরকপগী আসা মমি শাম্মী।

ইণ্ডিয়াগী ময়োল লৈঙাক্লসু মীয়ামগী মরক্তা শেল লীক্লা শীজিন্নবগী ৱাখল্লোন অসি শন্দোক্লবগীদমক *নেসনেল সেভিংস ওর্গেনাইজেসন* (১৯৪৮) লিংখৎখিবগী ৱাফম লৈরে। মসিগী ফিল্ড য়ুনিটশিং য়ুনিয়ন টেরিটোরি অমসুং ষ্টেটশিংদা লৈরি। *রেজনেল ডাইরেক্টর* ২৬, *ডিপুটি রেজনেল ডাইরেক্টর* ১৬১ লৈবগী মনুংদা মণিপুরদা রেজনেল ডাইরেক্টোরেট ওফিস অমা লৈরকখিবসি ইং ১৯৭৬ দগীনি। মদুদগী হৌরগা শেল পীক্লা তুংশিনবগী থবক অসি ডিপুটি রেজনেল ডাইরেক্টরগী মখাদা চত্থরকখিবনি। *এনএসও* না মণিপুরদা লাকখিবদগী অহোংবা খরদি পুরকপ্লে হায়না দাবী তৌরিঙৈ মরকসিদা শেল খোমজিনবা অমসুং তুংশিনবগী থবক তৌরিবা এজেন্সি ৬০০ কী মথক্তা মণিপুরদা লৈরে হায়রি। মসিদা মীওই কয়া থবক ফংহনবগী খুদোংচাবদা নত্তনা মীয়াম্বু শেল তুঙশিলহন্দুনা শেল লীক্লা শীজিন্নহন্নবগী এৱার্নেস পীবা অসি শীঙথাবা য়াই।

অদুবু শেল খোমগৎপগী থবক্তা অমদি মদুগী এচিবমেন্ট ফংগৎলক্লি হায়বা তারবসু ইমপ্লোয়িসিংবু চপ চানা থবক্তা শীজিন্নবা ঙমদবগুম্বা অমা লৈরি। কান্নরবা ঈহৌ অসি মীয়ামদা নীংথিনা খঙহনবগী থবক পায়খৎপা ঙমদে হায়বা অসিমদি তশেং-তশেংলি। অসিগুম্বা মরমদগী মণিপুরগী খুঙ্গংশিং অমদি চীংগী লমশিংদা শেল তুংশিনবগী এৱার্নেস য়ৌশিনবা ঙমদ্রিবসি এনএসওগী অচৌবা অশোয়বনি। মসিমক ক্রাইসিস কয়ামুক মায়োক্লরিবা অমদি শেম্মিৎলোনগী ফিভম শোক্লবা ঙমখৈ লমদমসিগী ওইনা চাওনা মাঙজবনি। খুঙ্গংগী অমদি চীংগী মীয়ামদা করম্বা ইনফোর্মেসন অমসুং লৌশিং পীরগা ঈহৌ অসিদা শরুক য়াহনগদগে হায়বগী পাউখুম অরোনবদি লৈফম থোকই, থবক্কী থৌওং লৈফম থোকই। মদু ক্রাইসিস লৈবা লমদমসিদা তৌরক্তবগী ৱানি। মীয়ামদা পীফম থোকপগী মনুংদা এৱার্নেস এদুকেসন অসিসু মরুওইবা অমনি। খুদম ওইনা, শেল তুঙশিল্লিবা পূম্নমক অসি ইনভেষ্টমেন্ট ওম্ব্লোরকই অদুগা, ইনভেষ্টমেন্টনা অমুক শেল্লেপ (কেপিটেল) ওম্ব্লোরকই হায়বা ৱাখল্লোন অসি কাঙথোরকপদা শেল তুঙশিন্নিংবগী ঈখৌলাংবা অমা হেক্তা পোক্লকনি। মরমদি শেল তুঙশিনবগী হৈনবী শেম্বা অসিনা য়াইফ নুংঙাইনা পালহল্লি হায়বসি ভাবনা শাবা নত্তে। মসি শোয়দনা ওইথোকপা থৌওংনি হায়বসি থবক ওইনা উৎলবা মতমদা মীয়াম্না মখোঙ থোংনা লাকচগদৌরিবনি।

খুনাই অসিগী মীয়াম্না হরাউ কুম্মৈদা হন্না হন্না খরচ তৌথোকপগী অমসুং মমল য়ামথ্রবা নামৎ মাঙহনবগী মহুত্তা, মাগী মাগী শিনশঙদা, কৈথেলদা, লৌবুক্তা চহী চুপ্পা শিন্থা পায়নবগী উপাইদি হায়রিবা শেল তুংশিনবা অসিনি। মসিবু তৌবা তারবদি পোথোক হেঙ্গৎপা তাবনি। মশা মশাগী শেন্দান হেনগৎপদা নত্তনা লৈবাক্কী লম্থুম হেঙ্গৎকদৌরিবনি। মতৌ অসুম্না হোৎনরবদা লাক্কদবা চহীশিংনা ঐখোয়গী শেল্লেপ ওইগদৌরিবা লম্থুমশিং অসিগা লোয়ননা নুংঙাই য়াইফনা পানবা হায়বসিদি শোয়দ্রবা ৱাফমনি। মসিনা লৈবাক্কী পোত্থোক পুথোকপগী চাং অসি হেনগৎহন্দুনা চহী অমদগী অমদা মীকোক্কী শেন্দান শেম্বোক ৱাংহনগনি। মতৌ অসুম্না তৌরবদি লৈবাক্কী শেম্মিৎলোন ফগৎহন্নবগী য়াম্না মরুওইবা য়ুম্ফম ওইগদৌরিবনি। ❑

# কম্মনৱেল্থ ডে

কম্মনৱেল্থ হায়বসি গ্রেট ব্রিটেন্দগী চাওপোক পোক্লকপা মচা ধারানি। শগেগা নত্তে। বৃটিশ লেবর পার্টিগী ইহান হানবা *প্রাইম মিনিষ্টর মেকদোনাল্ড* না পানবা মতম ইং ১৯২৬ দা বৃটিশ *কম্মনৱেল্থ* গী ৱাখল্লোন অসি মওং তানা খুৎমাখিবনি। মসিগী যুম্ফম থোনবা হৌখিবদি ইং ১৯৩১দা বৃটিশ মচাশিংনা খুন্দাবা *ন্যু-জিলেন্দ, কনাডা, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং সাউথ আফ্রিকা* নচিংবা লৈবাক্তা অমেরিকাগী লানহৌ অদুগুম্বা অমা হল্লকপা পামদবদগী হায়রিবা লৈবাক মরি অসি দোমিনিয়ন লৈবাক্কি হায়না লাউথোক্লবা মতুংদা অপুন্বা মান্নবা ফিরাল অমা য়ুংখৎতুনা অমসুং মদুগী মখাদা ইংলেন্দনা লুচিংদুনা লৈবাক মঙাগী অপুনবা বৃটিশ *কম্মনৱেল্থ* পোকখিবনি। ইং ১৭৭৫দা অমেরিকাগী লালহৌনা অমেরিকাগী নীংতম্বগী ৱাখল ঈখৌ লাংখিবা হায়বদি, বৃটিশ প্রজাশিংনা গ্রেট বৃটেন্দগী চৎপ্পগা অথাপ্পা লৈবাক অমদা লৈরুরগা তোঙান তাবগী লালহৌ লাকখিবা অদুগুম্না ভারতকী নীংতম লানহৌ ১৮৫৭ অমসুং য়ুকে মশাদগী প্রজা খরনা নীং তম্লবা আইরলেন্দ লৈবাক ১৯২১দা শেমখি। অসিদা নত্তনা ফ্রান্সকী লালহৌ ১৭৮৯, চিনাগী লালহৌ ১৯১১, রুশিয়াগী লালহৌ ১৯১৭না লোয়লম শন্দোকপশিংদা থক থক নিক্লা কিহনখি। অসুম্না বৃটিশ সম্রাজ্যগী তুংগী পুক্লিং লুমদবা মওংদা লাকখ্রে।

বৃটিশকী ডোমিনিয়ন লৈবাকশিং অমসুং মনীং তমখ্রবা লৈবাক পূম্নমক হায়রিবা মরূপ *(কম্মনৱেল্থ)* অসিদা য়াওহন্দুনা মচেৎ মচেৎ তানা কায়খ্রবা লৈবাকশিং কলহৌনবা থৌরাং তৌবা অমনি। অমেরিকা অমসুং আয়রলেন্দদা শোক্লখিবা লান অদু অমুক হল্লক্তনবনি। ঈ মরীদগী লাপথোক্লরক্তুনা শাথীনা য়েক্লরকপগী সমস্যা অদু কন্নবা ৱাখৈরোলনি।

অমেরিকা অমসুং আইরলেন্দদা শোক্লখিবা লাল অদুগুম্না এসিয়া অমসুং আফ্রিকা লৈবাকশিংদা নীংতম লান শোক্লখিদে। ২শুবা লাঞ্জাওদা মায়থিখিবদগী পোক্লকখিবা অনৌবা কিনিংঙাই ওইবা ৱাফমশিং অমসুং মালেম অসিদা থোকখিবা লালগী মৈরী মৈশানা মরম ওইদুনা থাপখ্রবা লৈবাকশিং অসিবু চুপ্পি পায়দুনা, মদু শেন্নদুনা লৈবদা মতীক চারক্তবা অসিনচিংবা মরমশিং অসিনা *নীংতম্বা* হায়বদু মচিৎ মচিৎ খায়দুনা য়েম্বোকপা তাখি। অমরোমদসু হায়রিবা মনীং তম্লবা লৈবাকশিং অসিসু চাউখ্রবা অহকপা থৌদাংশিং নৌনা কোকথোংনদুনা পুরকপা মতমদা মশা মশাগী শেল থুমগী ফীভমদা মখোঙ মরোমদোম লেপ্পা ঙম্নরক্তবা অমসুং লৈবাক্কী থৌশিল য়াৎপগী তঙাইফদবা ফীভম লৈরকই হায়না খনবদগী মঙোন্দা রাজভক্তি উৎপগী ফীভম লাকখি। মদুদা মহাক্লা খুদোংচাবা মাঙহনখিদে। মহাক্কী অপান্বা মনীং থুংহনখি। ইং ১৯৪৭তা ভারত

নীংতম্লবা মতুংদা বৃটিশ *কম্মনৱেল্থ* হেন্না মরা চেৎপা ফীভম অমদা লেপ্পা ঙমখি। *দোমিনিয়ন* লৈবাকশিংগী *সেক্রেটরি ওফ ষ্টেট ওফিস* মুখৎলগা *সেক্রেটরিয়েৎ ওফ কম্মনৱেল্থ রিলেসন* না থৌ পুবা হৌখি।

শক্লাইরবা এমপি ভাটিয়াগী মতুং ইন্না, ভারতকী কনটেক্সতা য়েংবা মতমদা বৃটিশকী ৱাখল্লোন তন্বীবা স্কুলদগী থোরকপা মীওইশিংনা বৃটিশনা ওৎ নৈখিবা কয়াবু লমন খুন্থা তোক্কুনা মখোয়গা মরী কায়নবা ঙম্লোই হায়বা মোদরেটশিং মশিং লাকঙমদনা চোংথোরকপা অসিনসু *কম্মনৱেল্থ* কি যুম্ফম থোনবদা হেন্না লৈহাও কাখি। ভারতকী রাজনীতি লৌবুক্তা মতমগী মতুংইন্না য়াওল পাম্বশিংনা খোঙফম থীরক্লবা মতমদা ইংলিস মচা *এ ও হ্যুমস* না ইং ১৮৮৪দা ইণ্ডিয়ান নেসনেল কংগ্রেস লিংখৎখিবা অসিমক লাইরিক লাইশু হৈরবা মিদল ক্লাসনা শৌগৎপা এলিটশিং অমসুং মোডরেটশিংবু রাজনীতিদা পুশিন্দুনা বৃটিশ সরকার অমদি ভারতকী মীয়ামগী অনী অসিগী মরক্তা লংদাই চেনবা শক্তি অমা ওইরক্কুনা মদুগী লুচিংবশিংনা মমৈদা *কম্মনৱেল্থ* কি ফিদর নৎত্রগা গার্জিয়ান ওইহন্নবনি হায়না হায়বা য়াই। কৎথোকপগী মহুত্তা খুদোংচাবা লৌহৌবগী ৱাখলনা মাংওইরপ খোংকাপ লৌবা মমালৈবাক নীংবশিংগী লুচিং মখাদা ইণ্ডিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা বৃটিশনা লৌনম তৌখিবা, খোঙ্গোইনখিবা কয়া অদু শীঙনবা তোক্কুনা মখোয়গী থম্মোয়দা চেল্লম্বা ঈচেল অদু ঈথৈরগা বৃটিশকী লৌনম লাংদা থুখিবা অসিমক *কম্মনৱেল্থ* কি যুম্ফম মরা চেৎহনখিবা অমনি।ভারত জাতিগী ঈহৌনা মদুমকপু লালহৌবশিংদগী তোঙান তাহন্নবদি হোৎনখিদ্রবসু রাজনীতি তৌবশিংনদি লালহৌবশিংবু মীয়ামদগী শাথিনা লাপথোক্লবা ঙমজবী থাদুনা হোৎনখি।

অসুম্না বৃটিশনা চহী ৩০০মুক পাল্লকখিবা অদুগী মহয়দু অফবরোমদা হেন্না ওম্লোক্কুনা রাজনীতি, লাইরিক লাইশুগী ওইবা *লিগেসি* অমগুম উহন্দুনা অমসুং ভারত মীয়ামগী মীশিং য়াম্বা শরুকপু মখোয়গী ওইশিনবা ঙমদুনা মখোয়না মপু ওইবগী ৱাখল অদু ভারত লৈকোন্দা মরু হুন্দুনা, মদু পুন্সুম শাৎকাইহন্দুনা মহয় লোকপা ঙমখি। অতোপ্পা মীৎয়েং অমনা, ইণ্ডিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী খুখাঙদা বৃটিশকী য়েক্রবশিং, লালহৌবশিং অমসুং ভারত জাতিগী নুংগী ওইবা শেমগৎফম থোকপা য়াওল ঈহৌ অদু মরু ফংনা মুখৎখি। মতৌ অসুম্না বৃটিশনা ভারত্তা নুংগী ওইবা যুম্ফম অমা ইনৌ নৌনা থোনগৎতুনা মহয় য়ানম্ত্রবা মতুংদা অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংদা অসিগুম্বা নুংশিৎ নুংশা অমা লৈহন্নবা হোৎনখিবা অসিনা *কম্মনৱেল্থ* লিংখৎখিবগী শক্তমনি।

লুপ অসি দোমিনিয়ন লৈবাকশিং অমসুং সোবরেন ওইনা মনীং তম্লবা নেসন ষ্টেটশিংগী মরুপনি। যুকে, কনাডা, ন্যু জিলেন্দ, শ্রীলঙ্কানচিংবা লৈবাকশিংনা ইংলেণ্ড মহারানীদা রাজভক্তি উৎপগী ৱাফম লৈরবসু প্রসিডেন্টনা ষ্টেটকী মকোক ওইবা রিপব্লিক ভারতনচিংবা লৈবাকশিংনা মহারানীদা রাজভক্তি লৈতে। অদুবু *কম্মনৱেল্থ* কী মেম্বরশিং নীংতম্মা তোৎন তিন্নবগী সিম্বোলদি মহারানিনা ওইরি অমসুং মহারাণিবু *কম্মনৱেল্থ* কী

মকোক ওইনা শকখঙডি। ইং ১৯৪৯দা *কম্মনৱেল্থ* মেম্বরশিংগী কনফরেন্সনা অনৌবা ফিবেপ অমা পুরকখি। চহী মরী খুদিংগী মেম্বরশিংগী মরক্তা চহ্ৎবা *এম্পয়ার গেমস* কৌবা শান্ন খোন্নবগী কম্পিটিসননা লুপ অসিগী লীপুন ওইরি।

*কম্মনৱেল্থ* না অহানবা হৌরকপদগী, য়ুএনও অমগুম ওইরকই। অদুনা মেম্বরশিংনা মতমদুগী কোল্ড ৱারগী লৈহাও হাপ্লিবা লান পান্বা শক্তিশিংগী নাপল য়ৈথেকপা, সুপর পৱার অনীগী খুৎলায় লমজেল তান্নবা তোকহন্নবা ইথিল কন্না পীনরকখি। মমৈদদি *কম্মনৱেল্থ* অসি থার্দ ৱর্ল্ড লৈবাকশিং অমসুং মীচং চুঙশিন্নদবা লৈবাকশিংগী কনফরেন্সকুম্মা ৱারী শান্নফম অমা প্লেটফোর্মওইরকখি। মেম্বর ৪৮ লৈবা লুপ অসিদা বৃটিশ ক্রাউন্দদা তাংজনিংবা কাঙবু, গনতন্ত্রদা থাজবা রিপব্লিকানশিং, কম্যুনিষ্ট লৈবাকশিংগী মরী শম্নরিবা মীওইশিং অসিগী রাজনীতিগী মচু মখল হায়ফেৎ শুরে। ইনাক খুনবা লৈবাকনা ৪(য়ুকে, অষ্ট্রেলিয়া, কনাডা, নিউজিলেন্দ) ওইরগা অতৈ লৈবাক ৪৪না লায়রবা মীওইনা চাদা ৫০ হেন্না লৈবা লৈবাক ওইরি। অসুক্কী মতিক খেৎননা চৎমিন্নরিবা লুপ অসিনা তৌগে য়াওনা তৌবা অমসুং কথোকপগা লোয়ননা তৌরকপা অসিমদি লৈতবা মরম্না তরং তরংনা থবক পাঙথোকপদা লুরি। মীচঙ চুঙশিন্নদবা ঈহৌ, *কম্মনৱেল্থ,* থার্দ ৱার্ল্ড কনফরেন্স নৎত্রগা ঈহৌশিং অসি মাগী মাগী মথৌ তৌবদা মখোয়গী ৱাখল্লোন অমসুং থৌওং থৌদৌশিং অমগা অমগা ইয়েৎ য়েৎশিন্নবগুম তৌই। অদুবু অপুনবা শক্তমগী মশক উৎপা মরম্না হান্নগী *ৱার্শো পেক্টকী* লৈবাক অমসুং *নাটো* লৈবাকশিংদগী থবক হেন্না তৌবা ঙমখ্রে হায়বা ৱাফম লৈ। *কম্মনৱেল্থ* না মালেমগী ওইনা থৌশিলশিং লৌখৎতুনা লাকপগা লোয়ননা মেম্বর ষ্টেটশিংগী মরীদা কুটনিটিগী মরী হেন্না চেৎশিন্নবা হোৎনরকই।

*কম্মনৱেল্থ* না লৌরিবা থৌদাং অসিদা *মীচং চঙশিন্নদবা লৈবাক (নাম)* গী থৌদাংদগী হস্তদনা ইথিল পীবা ঙম্বা ইনাক খুনবা লৈবাকশিং য়াওরিবা অসিনা সুপর পৱার অনীগা চপ মান্ননা থবক তৌবা ঙম্মি। *কম্মনৱেল্থ* না *জিম্বাবৱেগী ঈহৌদা শৌগৎখিবা, সাউথ আফ্রিকাগী ডিভেলপমেন্ট কো-ওর্দিনেসন কনফরেন্স* পু শৌগৎখিবা অসি অচৌবা এচিভমেন্টনি। মদুনা সাউথ আফ্রিকাদা য়ুএন ওনা অথিংবা থম্লক্লবগী মরম ওইখি। উগন্দাগী মীওৎ মীনৈগী লৈঙাক মপু, *ইদি অমিন* ইং ১৯৭৭ তা তুথখিনবগী মরম ওইখি। অসুম্না মালেমগী মনুংদা কম্মনৱেল্থনা শক্তি অমা ওইরক্লুনা *য়ুএন জেনরেল এসেমব্লিদা, ৱার্ল্ড বেঙ্কতা, ইন্টরনেসনেল মোনিটরি ফন্দ* দা ওবর্জাভরগী থাক ফাওবা য়ৌরকখ্রে। মেম্বর ষ্টেটশিংগী অপাম্বগী মখা পোনবা *কম্মনৱেল্থ* না ৱার্ল্ড হেল্থ ওর্গেনাইজেসন, ৱার্ল্ড ফুদনচিংবদা চাং নাইনা ৱাতান্নরি । য়ুরোপকী চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী মরক্তা চঙফম ফংলমদবা অদু *কম্মনৱেল্থ* কী খুত্থাঙদা মেম্বরশিংনা চঙদুনা য়ুরোপিয়ান খুনাইগী মীনুংশি ফংলি। *কম্মনৱেল্থ* না য়ুএসএবু মাগী শেলথুমগী থৌশিল কোমথোক্লবগী তকশিনখিবা লৈরি।

খোঙথাং অসিনা *ইন্টরনেসনেল মোনিটরি সিষ্টেম*দা অহোঙবা অওনবা অমা পুরকতুনা ইন্টরনেসনেল মোনিটরি ফন্দ অমসুং ৱার্ল্ড বেঙ্ককি অৱাং অমসুং খাগী শক্তি অনীগী মরক্তা য়াশিন্নবা ফীভম অমা পুরক্কবগী মরম ওইরি।

ভারতনা *কম্মনৱেল্‌থ হেদস ওফ গবর্নমেন্ট মীটিং (চোগম)* পাঙথোক্নুনা য়ুম্থ ওইখিবদু ফজরবা তাঞ্জা অমা ওইখি। মসিনা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরশিংগী ইজ্জৎ হেনগৎহনবদা নত্তনা সুপর পৱারশিংবু ন্যুক্লিয়ার লমজেল তান্নবা তোকহন্দুনা পোলিটিকেল ডাইলোগ তৌনবা তকশিনখিবা, অদুগা আফগানিষ্টান অমসুং কম্পুচিয়াদা অতোপ্পা লৈবাক্কী লান্মী তেঙ্গোল থম্বা অমসুং ভারত মহাসাগরদা সুপর পৱার থোমজিন্নরকপবু য়ানিংদবা উৎখিবা অমসুং খা আফ্রিকাগী কুচু ঙৌবা লৈঙাকপবু য়ানিংদবা উৎখিবা অসি *চোগম*গী ফজরবা তাঞ্জানি হায়বা য়াই।

অদুবু শেল্মীৎলোনগী ফীভম য়েংলুরবদি, *কম্মনৱেল্‌থ*না লুপ অমা ওইনা শীংথাবা য়াবা এচিবমেন্ট ফংদে হায়বা তাই। মসিগী মরম্না মেম্বর লৈবাকশিংনা *ASEAN, OAU, South Pacific Forum* নচিংবা মরু ওইবা লুপশিংগা তিন্নদুনা কান্নবা ফংনরি। অদুগা আরবগী ইনাকখুনবা লৈবাকশিং য়াওদবা, *জি-৭*, নৎত্রগা *জি-১২* কী লৈবাকশিং অসি *কম্মনৱেল্‌থ*কী খুবামনুংদা পায়শিনবা ঙমদবা অসিনা শেল থুমগী হীরমদতা নত্তনা অতৈ কুটনিতিদা খুরৌ থাংহনবা অমসু ইথোক থোক্লি। হীরম অসিগী মরীদা হৌদোক্লদুনা লুপ অসিগী মীটিংদা, কনফরেন্সতা ফজ ফজরবা ৱারেপ কয়া লৌখ্রবসু মদু থবক ওইনা উবা ফংনদ্রি। মসিনসু লুপ অসিবু থাজবগী চাং য়াম্না হন্থহল্লি। অতৈ খুমাং চাওশিনবা লুপশিংগা য়েংনরুরবদি লুপ অসিগী *নিয়ম লৈনা ৱা ঙাংনফম লৈতবগুম্বা, মেম্বরশিং পুমশু শুনা তিনবা ঙমদবগুম্বা, পব্লিক গেল্লরি লৈত্রিবা* অসিনা কয়াৎ চুম্বা লুপ অমা ওইবগী মহুত্তা *ইনটিট্যুসন* অমা ওইনা লৈরি হায়বা তাই।

কোল্ড ৱার লোইখ্রবা মতুংদা মালেম অসি মপুম তাশিনবা হেনগৎলকপা য়ুরোপিয়ান কম্যুনিটিনা মপাঙ্গল লৈখৎলকপা তাঞ্জা অসিদা *কম্মনৱেল্‌থ*কী ইনাক খুনবা লৈবাকশিংনা য়ুরোপিয়ন খুনায়গী অমত্তা য়েংবগী মীৎয়েং অদোমদা নকশিনবগুমসু তৌরি। মসি *কম্মনৱেল্‌থ*না শোম্থরকই হায়না তাক্লকপনি। য়াম্না মরুওইবদি, মেম্বর লৈবাকশিংনা চত্থরিবা মরীল চুমদবা থৌওং কয়াবু কুপশিন্নবা মরমসু *কম্মনৱেল্‌থ* অসিনা ওইরি। ভারতকুম্বা লৈবাকশিংনা য়ুমথংনবা লৈবাক ম্যানমারগী ওং *শান সু চি*গী দিমোক্রেসি কন্নবা হোৎনবগী লম্বীদা তেঙবাঙবদি লায়রদনা মিলিটরি জুন্তাগী মীচঙ চঙবগুম তৌরিবা অমসুং ভারতকী অৱাং নোংপোক ষ্টেটশিংদা তমথিরবা আইন চৎনহন্দুনা মীওৎ মীনৈ চত্থরিবা অমসুং হাৎনিংবা মী হাৎপা ঙমহন্দুনা, নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎ খোঙ্গোয়নহন্দুনা অমদি মীয়াম্বু নমথরিবা কয়া অসিবু মালেমগী নাকোং য়ৌদনবা হোৎনবগী কুটনিটি তৌফম অমা ওইহল্লি। মেম্বরশিংগী অশোয়বা ময়াম অসি কুপশিন্নবা হোৎনবদা *কম্মনৱেল্‌থ*না কল্লমখিবা মফম অসি নোংম নোংমগী অসুম মাঙশিল্লকপগী ফীভম লাক্লবা মতম অসিদা *কম্মনৱেল্‌থ*কী চন্নফম লৈনা মফম পাক চাউহনবা হায়বা অসিদা মেম্বর লৈবাকশিংগী মরীল চুমথোকপা য়াম্না চঙলি। ❑

# ৱার্ল্ড হেবিটেট ডে

য়ুনাইটেদ নেসন্স ওর্গেনাইজেসন (য়ুএনও)না য়ুনাইটেদ নেসন্স সেন্টর ফোর হ্যুমেন ডিবলপমেন্ট (য়ুএনসিএইচএস) লিংখত্তুনা চহি খুদিংগী ওক্টোবর অহুম্মু ৱার্ল্ড হেবিটেত ডে হায়না কুমওন থৌরম পাঙথোক্নুনা লাকই। থৌরম অসিগী ৱাহন্থোক্তি মীওইবা হায়বা অপূনবা ফুরুপ অসিনা মালেমদা খুন্দা লৈতাজনবগী হক ফংহনবনি। মরমদি, থৱাই পানবশিংগী লৈফমদি মালেম অসিনি, থৱাই পানবশিংগী মনুংদা মীওইবনা নিংথৌ ওইরিবনি। হায়রিবা নিংথৌ শাগৈগী তাইবঙ মী অশেংবা কয়ামুক লৈরি, লৌ ইংখোল, ময়ুম মকৈ লৈজদবগী থস্মোয় শোক্লবা অৱা চৈথেং নংলি। তূংগী লাক্কদবা মতমগী শিয়োমনুংদা হেন্না হেন্না অৱাবা মায়োক্লগদৌরি। মালেমগী মফম খুদিংমক্তা প্রোব্লেম থোকহন্দুনা শান্তি লৈহনদে। য়ুএনগী পান্দমদা অকায়বা ওইহল্লী। মীওইবনা মমাগী শিয়োমনুংদগী তাইবঙ মঙাল উদুনা হংঙা-হংঙা হায়না হেক কপ্লদগী হৌরগা অতোপ্পা মীওইশিংদা শৈদাংদুনা চাউরকপা নৎত্রগা উখোঙ-ৱাখোঙদা লেন্দুনা চাউরকপা অঙাং কয়ানা মীরোল হেক তারকপা মতমদা মখোয়গী ময়ুম ইংখোল লৈজদে হায়বগী শাথিনা নীংবা কায়বগী ফত্তবা ৱাখল অমনা মখোয়বু লমজিংনবা পুক্সিগী মীকুপশিংনা মখোয়বু শেন্নরকই। মতমগী মতূং ইন্না *অরৈবা কাঙলুপ (হেবস)* অমসুং *লৈতবা কাঙলুপ (হেব-নোটস)* অনী অসিগী মরক্তা খেন্নবগী চেকপলনা ৱাংনা খাগৎলকপা অসিনা মরম ওইদুনা লৈঙাকপা ফম্নাইবশিং অমসুং মাগী মীচঙদা লৈবা মীয়ামগা মরী তৎনরকই, নোংম-নোংমগী উখা-ৱাখাদা লেনবা মীশিং হেনগৎলকই, মালেম অসি মখোয়গী নীংবা কায়ফম অমসুং মচিং মশোন উৎফম নরক ওইহল্লি। ঙসিগী মালেম অসিগী মনুংদা ময়ুম মকৈ লৈজদ্রবা ময়ুম মকৈ লিংদ্রবা মীওইশিংনা উখা-ৱাখা, শাইজিন-শাইয়াদা লেল্লিবা মীওইশিংবু পুক্সি মরেল অসিনা পীরকপা য়াবা অকায়বা কয়াসি উরুবগা মখোয়বু খুন্দা লৈতাহনবনা অচুম্বা ওইগনি হায়না য়ুনাইটেদ নেসন্সনা মীয়েং শান্না পান্দম তৌদুনা চৎথরি।

মালেমগী ওইবা থৌরম অসিগী থোইদোকপা ৱাফমদি, ইং ১৯৮৬ ডিসেম্বর ২০দা য়ুএন জেনরেল এসেমব্লিনা ৱারেপ লৌদুনা 'ইং ১৯৮৭' অসি ময়ুম মকৈ লৈজদবশিংগী *মালেমগী নুমিৎ* নি হায়না লাউথোকখিবনি। *য়ুনাইটেদ নেসন্স হ্যুমেন সেটল-মেন্ট* না ইং ১৯৭৬দা কনফরেন্স অমা পাঙথোকখিবা অমসুং মদুগী মরুওইবা ৱারেপশিং অদুমক্লা ঙসি চত্থরিবা থৌরম অসিগী উচল (ফ্রেমৱার্ক) ওইরকখিবনি। চহি তরাগী মতূং ইং ১৯৮৭ দদি কম্মিসন অসিনা মীওইববু খুন্দা লৈতাহনবগী হীরম ওইনা পায়খত্তুনা মপুঙ ওইবা থিম অমদা চত্থবা ঙমলকই হায়রি। ময়ুম মকৈ লৈজদ্রবশিংনা মালেমগী মফম শীন্থুংনা অরুবা ৱাফম ওইহল্লক্লিবা অমসুং মখোয়বু মওং চুমদনা চঙজফম

পী হায়রিবা খিবিক অসিবু জাতিগী থাক্তদা নত্তনা মালেমগী থাক্তা মায়পাক্লা থেংননবা শীঙথাবা য়াবা অনৌবা থৌরাংশিং পায়খৎনবগী ফিভম শেমলকপা উরি। ইং ১৯৮৭তা পাঙথোক্কদবা থৌদাংশিংগী মনুঙদা থা খুদিংগী অরাৎ অপা য়েংশিন্দুনা পান্দম অসি পাঙথোক্লবগীদমক সেক্রেটরিগী থাক্তা লৈরিবা য়ুএনসিঐচএস (হেবিটেত) অমসুং জাতিগী গবর্ণ-মেন্টশিংগী থাক্তা শেমলিবা হ্যুমেন সেটলমেন্ট কম্মিসন অসিদা হায়রিবা থৌদাংশিং অসি শিন্নদুনা লাকখিবনি। মতৌ অসুম্না জাতিগী গবর্ণমেন্টশিং, মালেমগী মীয়াম অমদি য়ুনাইটেদ নেসন্সনা ইং ২০০০ ফাওবগী মনুংদা লৌখৎকদবা হীরমশিংগী ওইনা মীওইবগী খুন্দা লৈতাবগী মরীদা মরুওইবা লমদমশিংবু মশক খঙদোকপা ঙমহনখি হায়বসিনি। থোইদোক্লা মরুওইবদি, কম্মিশন্না পায়খৎলিবা জাতিগী থাক্তা খুন্দা লৈতাহনবগী থৌশিল থৌরম অসিবু জাতিগী গবর্ণমেন্টশিংনা ফিরেপ চুম্না লমজিংহনবগা লোয়ননা অতৈ এজেন্সিশিং অমসুং অতৈ ইনষ্টিট্যুসনশিংনা শৌগৎলকপগী ব্রাফম অমা লাকপসি পনবা তাই।

হেবিটেত হায়না খঙনবা *য়ুএনসিঐচএস* কৌবা কম্মিসন অসিনা অখন্নবা মীফম অমগী ব্রারেপ লৌদুনা হেবিটেতকী ইগজিক্যুটিব ডাইরেক্টরদা হায়জখিবা অদুনা মীওইববু খুন্দা লৈতাহন্নবগী মথৌ তাবশিং শোয়দ-ঙামদনা পায়খৎনবগীদমক্তা কম্মিশনগী মীফমশিংগা জাতিগী গবর্ণমেন্টশিংগা মতম চানা ঈ-পাউ ফাওননবা অমসুং পান্দম অসিবু থবক ওইনা চঙশিন্নবা খোঙথাংগী মরীদনি; অদুগা হান্না পাঙথোকপ্রবা থবক কয়া অদুগী মরীদা মথং ফমগদৌরিবা কম্মিসনগী থোইদোকপা মীফমশিংদা পাওদম্বীয়ু হায়জবগী মতাংদনি। প্রোজেক্ট খুদিংমক্কী অকুপ্পা মরোল য়াওবা রিফরেন্সকী চেরোল পীবিনবা রিপোর্ট অদুনা পল্লি। প্রোজেক্টনা কোল্লিবা লৈবাক খুদিংমক্কী অকুপ্পা মরোল ইদুনা পল্লি। অদুগা হায়রিবা প্রোজেক্টশিং অসিদা *য়ুনাইটেদ নেসন্স ডিবলপমেন্ট প্রোগ্রাম* (য়ুএনডিপি)না মরুওইনা শেল থাদে। মরুওইনা পান্নোম ওইরিবা *য়ুনাইটেদ নেসন্স হেবিটেত এন্দ হ্যুমেন সেট্রলমেন্ট ফাউন্দেসন্না* থাদরিবা শেনফম অসিদি য়াম্না অককনৈ। য়ুএনডিপিগী চাং নাইনা শেম্লবা থৌশীল থৌরাংগী মখাদা অখন্নবা লমজিং লমতাক পীবগী থবক তৌদুনা অমদি, সেক্টর অসিদগী মতেং পীদুনা হেবিটেতকী থবকশিং চখৈ। পনবা য়াবদি মীওইববু খুন্দা লৈতাহনবগী মরীদা শেমখিবা কম্মিসন অসিনা ইং ১৯৮৬ ফেব্রুয়ারিদা ফমখিবা ৯শুবা মীফমগী ব্রারোল অদু মুন্না খন্নরবা তুংদা *ইকোনোমিক এন্দ সোসিয়েল কাউন্সিল*না ব্রারেপ অমা লৌখিবদুনি। কম্মিসন্না মদু চেকশিন্না খন্নরবা মতুংদা অমদি, মেম্বর ওইরিবা লৈবাকশিংগী অপাম্বা ব্রাখল্লোন অদু মুন্না খন্নরবা মতুংদা মীওইববু খুন্দা লৈতহনবা অসিবু শোয়দা-ঙামদনা মহৈ য়ালহন্নবগীদমক্তা জেনরেল এসেমব্লিগী ৪২ শুবা সেসন্দা ময়েক শেংলবা ব্রারোল অমা থাঙ্গৎপিনবা সেক্রেটরি জেনরেলদা হায়জখিবনি।

অদুবু মালেমগী চহি ১৯৮৭ অমসুং হেবিটেতকী অনৌবা খোঙজং অসিনা খুৎশম্লনা চঙশিল্লবসু য়াম্না শোকচিনশ্রবা ফিভম অসি মেনখৎপা ইঙম ঙমদ্রি হায়বসিনি। প্রোব্লেম্না থল্লবা হীরম অসিনা ঙসি পামলিবদি মালেমগী অপূনবা খোঙ্জেলগা লোয়ননা অনৌবা কোক চুংশীন্নবনি। অশোয়বশিং অসি খঙলবা য়ুনাইটেদ নেসন্সনা মালেমগী মীয়ামদা মসিবু শৌগৎপীয়ু হায়না আপিল তৌরি, অথুবা মতমগী মনুংদা থবক ওন্থোকসি হায়রি। *মীওইবা খুনাই অসিদা লৈরিবা য়ামশ্রবা মীয়াম অমগী লাইবক্তা তুংওইনবিরবা পুন্সিগী ফিভমশিং অসি মখা শাংথহনবদা য়ানিংদে অদুগা, পান্বে অমা ফংনবা অমদি, মদুবু শীজিন্নরগা করিগুম্বদা জাতিগী থাক্তা অমসুং মালেমগী থাক্তা মথৌ তাবা থবক ময়েক শেংনা পায়খৎত্রবদি ফিভমশিং অসি হেন্না হেন্না লুশিল্লকদৌরি* হায়না য়ুএন্না মালেমগী মীয়ামদা আপিল তৌরি।

হৌখিবা চহিদা হেবিটেতনা পান্দম তৌখিবদি, লায়রবশিংবু সহরনা কোনশিন্নবা হোৎনবা অসিনি। মরমদি লায়রবশিংনা খুঙ্গংগী লমশিংদা মহৌশানা লৈগল্লি। মখোয়না খুঙ্গংদা হেক লৈরিবমখৈ লায়রবা কোকহনবগী উপায় ৱাৎকনি অমদি, মীশিং হেনগৎলক্তুনা লৈনবা য়ুম শুকলৈ লৈরক্লোই হায়বসিনি। মতমগী ঈচেলদা তিনবা ঙমদ্রিবা খুঙ্গং লোয়ারমদা লায়রবশিংনা হেক লৈরিবমখৈ লায়রবা কোকপদি লায়রদুনা লায়রবা হেঞ্জিল্লকপগী মহয়দমক ফংলকই হায়বসিনি। খুঙ্গং অমসুং চীংগী লমশিংদা লৈহাও হেন্না শীজিন্নখোকপা, হোং-হোংদুনা লৌউ-শীংউবা অসিনা মালেমগী লৈহাওবু লায়রবা লৌমীগা মতমচুপ্পগী ওইনা কায়নহল্লি হায়বসিনি। অর্বানাইজেসনগী পান্দম মায়পাকপা অসিদি ভারত, বাঙ্গলাদেশ কুপ্না লৈবাক্তদি হোরেন-হয়েংগী ৱা নৎত্রি।

অদুগা মণিপুর কন্টেক্সতদি, ময়ুম ইংখোল লৈজদবা মীওইশিং লৈরবসু মদুমক্তা প্রোব্লেম ওইবা য়াবা ৱাফম ওইনা লৈবা উদ্রি, নৎত্রগা শাইজিন শায়াদা নপুনা ফিভম কায়না লৈবগী ৱাফম লৈত্রি হায়না লৌনরি। ফিভম অসিদা মীরোল অমা ফানা লৈহল্লোইদৌরি, জাতিগী অখণ্ড-অহৈশিংনা ঙমজবা ৱাখল থাদবা মতম ওইরক্লি। ঙসিগী মীরোন্না শু-নোমজগে হায়বা ফাওবগী মফম লৈশিল্লক্তবগা লোয়ননা তূংগী লম্বী মমশিল্লক্লিবা, হিংবদা খুদোংথীরক্লিবা ফিভম অসিদগী কলহৌনবা ঙসিমক লমথাফম থোক্লবনি। মীরোল খরগী মনুংদা পীকখ্রবা তম্পাকলম অসিদা খুন্দা লৈতারিবা মীওইশিং ফাওবগী লৈফম চল্লোইদৌরি। লক্লিবা চহি ২০/২৫ অসিগী মনুংদা ষ্টেট অসিনা মায়োক্লবা য়াবা প্রোব্লেমশিংগী মনুংদা হায়রিবা হীরম অসিনা মরুওইগদৌরিবনি। মরম অদুনা চীং তম অনীমক্তা পুন্না লৈমিন্নবা য়াবা লেন্দলো লিংখৎপা, ইমপ্লোয়মেন্ট পোলিসি শেম্বা, পোপুলেসন পোলিসি কুপ্না নৈনবা মথৌ তারক্লি। ষ্টেটকী লুচিংবশিংগী মরক্তা অৱাঙবা দিপ্লোমেসি চথনদুনা তূংদা ইন্নরক্লিবা অমম্বা তূংলমচং অসিদগী কলহৌনবা হোৎনহৌবা চুমগনি। ❑

# য়ুনাইটেদ নেসন্স ডে

## হিংমিন্নবগী নীংশিংগদবা নমিৎ

য়ুনাইটেদ নেসন্স হায়বা মিং অসি *য়ুএস প্রসিডেন্ট ফ্রেঙ্কলিন ডি রুজ ভেল্ট* না হৌদোকখিবনি। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা এক্সিস শক্তিশিংগী মাইয়োক্তা লৈবাক ২৬না পূন্না লান থেংনমিন্নসি হায়না পূন্না ৱাশকমিন্নদুনা ইং ১৯৪২ জানুৱারী ১দা অপূনবা ৱারোল লাউথোকখিবদগী য়ুএনগী পুৱারী হৌরে। সান ফ্রানসিস্কোদা ইং ১৯৪৫দা এপ্রিল ২৫দগী জুন ২৬ ফাওবা মালেমগী লৈবাক ৫০গী মীহুৎশিং উনদুনা পাঙথোকখিবা *য়ুনাইটেদ নেসন্স কনফরেন্স* অদুনা *য়ুনাইটেদ নেসন্স চার্টর* হায়বা কনষ্টিট্যুসন শেম্নবগী কায়াৎ অদু লিংখৎখি। মদুদা য়াওখিবা ভেলিগেটশিং অদুনা চিনা (টাইৱান), সোভিয়েট য়ুনিয়ন, য়ুনাইটেদ কিংদম অমসুং য়ুনাইটেদ ষ্টেটসকী মীহুৎশিংনা ইং ১৯৪৪ আগষ্ট ২১দগী সেপ্টেম্বর ২৮ ফাওবা ৱাশিংটন ডিসিদা লৈবা ডম্বার্টোন ওক্সদা ফমদুনা পুথোকখিবা ৱারোলদা য়ুম্ফম ওইদুনা খন্নখিবনি। হায়রিবা চার্টর অদু লৈবাক ৫০গী মীহুৎশিংনা ইং ১৯৪৫ জুন ২৬দা সহি তৌনখিবনি। কনফরেন্স অসিদা মীহুৎ থারকখিদবা পোলেন্দনা মমৈথংদা সহি তৌদুনা মেম্বর লৈবাক ৫১শুখি। মতৌ অসুম্না চার্টরগী অৱাৎ-অপা লৈবা খিবিক য়ুএস ডিপার্টমেন্ট ওফ ষ্টেটকা লোয়ননা মেনশিল্লবা মতুংদা ইং ১৯৪৫ এক্টোবর ২৪দা য়ুনাইটেদ নেসন্স হায়দুনা নিয়ম চুম্না লিংলকখিবনি।

<u>অনৌবা মেম্বর লৌশিনবা</u> ঃ সেক্যুরিটি কাউন্সিলনা অয়াবা পীরবদি জেনরেল এসেমব্লিনা অনৌবা মেম্বর লৌশিল্লি। অথেঙবদা ইং ১৯৯৩দা *অন্দোরা, জেক রিপব্লিক, শ্লোভাকিয়া, মেসিদোনিয়া, মোনাকা* না মেম্বর ওইরকখি। *কিরিবার্টি, নৌরু* অমসুং *টোঙ্গাল* না ইং ১৯৯৯ সেপ্টেম্বরদা মেম্বর ওইরকখি। ইং ২০০০ সেপ্টেম্বরদা *টুভালু* অমসুং ইং ২০০২ মে ২০দা *ইষ্ট টিমোর* না নীংতম্লে লাউথোক্লগা এপ্রিল ১৪দা গুরিলা লুচিংবা এক্স গুসমাওনা প্রসিডেন্ট ওইদুনা সোভরেন ষ্টেটনি হায়না লাউথোকখ্রবা মতুংদা য়ুএনগী ১৯০ শুবা মেম্বর লৈবাক ওইখি। টাইৱান্না মতম কুইনা চিনাগী মহুৎ শিন্দুনা নেসনেলিষ্ট চিনা হায়না মিংথোন্দুনা য়ুএনদা য়াওরকই। মরুওইনা য়ুএসনা ভেটো তৌদুনা কম্যুনিষ্ট চিনাবু য়ুএনগী মপান্দা থমলকপনি। অদুবু চিনা মনুংগী অহোংবা কয়া লাকখ্রবদা অমসুং চিনাগী দিপ্লোমেসিনা মরম ওইদুনা ইং ১৯৭১দা কম্যুনিষ্ট চিনাবু চিনা পূম্বগী মীহুৎ ওইনা য়াওহনখি। অসুম্না রেদ চিনানা সেক্যুরিটি কাউন্সিলগী পার্মেনেন্ট মেম্বর ফাওবা ওইরকখি। হান্না মেম্বর ওইরম্বা টাইৱান্না য়ুএন প্রাইমারি মেম্বরসিপ অদু মাঙখিরম্মি। চিনা (টাইৱান), স্বিটর্জলেন্দ, অমসুং ভেটিকানদি য়ুএনদা

মেম্বর ওইদে। অদুবু স্বিটজর্লেন্দ অমসুং ভেটিকানদি য়ুএন পার্মেনেন্ট ওবজার্বর ওইরে। নুংঙাইবা পোকপদি, নীংতম্লবা লৈবাক ভেটিকান সিটিনা মালেমগী মনুঙদা খ্বাইদগী পীকপা লৈবাকনি, মদুগী পাকচাউবনা লম হেক্টর নিফুমরি অমসুং মীশিংনা ৮৭০নি। স্বিটজর্লেন্দ কনফিদরেসনগী পাকচাউবনা স্কোয়ার কিলোমিটর ৮৭০নি। স্বিটজর্লেন্দ কনফিদরেসনগী পাকচাউবনা স্কোয়ার কিলোমিটর ৪১,২৯৩নি অমসুং মীশিংনা লাক্ষ ৭২নি। লিটরেসি চাদা চামনি। লোলনা জর্মন, ফ্রেঞ্চ, ইটালিয়ান, রোমাননি।

<u>য়ুএন ফগাৎলকপগী থাক</u> ঃ য়ুএনবু হেন্না থবক ঙম্বা, হেন্না শাফু লৈনবা খোঙথাং অমদা চঙশিল্লকখিবসি ইং ১৯৯৭তনি। য়ুএন সেক্রেটরিয়েটপু মখোঙদগী মতোল ফাওবদা হেন্না ফগৎনবা সেক্রেটরি জেনরেল কোফি অনাননা হোৎনরকখি। য়ুএনগী ওফিসিয়েল ওইনা চৎনরিবা লোলদি *আরবিক, চাইনিজ, ইংলিস, ফ্রেঞ্চ, রুশিয়ান অমসুংস্পেনিজনি।* য়ুএন ওর্গেনাইজেসন্না চথরিবা ডিপার্টমেন্টনচিংবা থবক থৌওংগী কায়াৎ পুম্নমক্তা মীওই ৫৩,৩০০না থবক তৌরি। য়ুএন মশামক্কী ষ্টাম চৎনরিবা মশামক্কী পোষ্ট ওফিস অমসু লৈ।

<u>য়ুএনগী মরুওইবা কায়াৎশিং</u> ঃ জেনরেল এসেম্বলি, সেক্রেটরিয়েট, সেক্যুরিটি কাউন্সিল, এষ্টিসিপ কাউন্সিল, ইকোনোমিক এন্দ সোসিয়েল কাউন্সিল, ইর্ন্টনেসনেল কোর্ট ওফ জষ্টিস অসিনচিংবনি। জেনরেল এসেম্বলিগী মেম্বর ষ্টেট খুদিংমক্কী ভোট অমমম থাদবগী হক লৈ অদুবু, মীহুত্তি মঙা ফাওবা থারকপা য়াই। চহি অমদা জেনরেল এসেম্বলিগী মীফম অমুক্তগী তাদনা ফমই। চহি খুদিংগী প্রসিদেন্ট অমসুং ভাইস প্রসিদেন্টকী মীখল তৌদুনা হাপ্পী। অদুগা, সেক্যুরিটি কাউন্সিলগী মেম্বরদি ১৫না শাই। মঙানা পার্মেনেন্ট মেম্বরনি (চিনা, ফ্রান্স, রুশিয়া, য়ুকে, য়ুএসএ); অতৈ মেম্বর ১০দি চহি অনী খুদিংগী টার্মগীদমক জেনরেল এসেম্বলিগী শরুক অহুম থোকপগী অনীনা মীখল পাঙথোক্তুনা হাপ্পি। অদুগা টার্ম লোইদুনা পোত্থারবা মেম্বরশিংনা খুদক্তা মীখল থেংনবা য়াদে। পার্মেনেন্ট মেম্বরশিংনা হীরম খুদিংদা ভেটো শীজিন্নদুনা থিংবগী শক্তি লৈ। মসিগী প্রসিডেন্ট খনবদি, ইংলিস ময়েক্কী মথৎ মনাও শেমদুনা থম্লগা থা থাগী অহোংবা নাইদুনা মেম্বরশিংনা সেক্যুরিটি কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট ওইনৈ। পার্মেনেন্ট মেম্বর ওইদ্রিবা জর্মনি, জাপান, ইন্ডিয়ানচিংবা মেম্বর ষ্টেটশিংনা সেক্যুরিটি কাউন্সিল পাক চাউথোকপা ঙাইন্নরি।

<u>য়ু এননা পায়খৎলকপা থৌদাং</u> ঃ থোইদোক্লা মরুওইবদি, মালেমদা শান্তি থুগাইরকপা য়াবা খুৎলাই শাবা থিংবা, টেরোরিজম থিংবা, উংখৎনরিবা লৈবাকশিংগী মিহুল লাকথনবা হোৎনবনি। ইরাকনচিংবা লৈবাক্লা কেমিকেল খুৎলাই শাই হায়বসিদা য়ুএন ইন্সপেক্টর এক্সপার্টশিং থাজিন্দুনা থিজিনবগী থবক চথে। হন্দক য়ু এনগী পুৱারীদা অহানবা ওইনা পেলেস্টেনিয়ান ষ্টেট অমা থম্নবা সেক্যুরিটি কাউন্সিলনা ৱারেপ লৌখি। মসি হৌখিবা মার্চ ১২দা য়ুএসনা শৌগত্তুনা ভোট ১৪-০ ৱারেপ লৌখিবনি। সাইরিয়া খক্তং

ভোট পীখিদে। সেক্রেটরি জেনরেল কোফি অনান্না ইন্দো পাকিস্তান য়াশিন্ননবা ৱারী অদু *লাহোর য়ান-চে* দা য়ুম্ফম ওইনবা তকশিন্দুনা লাকই। কাশ্মীরগী ৱাফমদা লৈবাক অনীমক্কা মতেং পাংনদুনা ৱারী শানহন্নবসি নত্তনা য়ুএননা নমফু ৱারেপ লৌবা তৌদে অসিনি। ফজবা দিপ্লোমেসি অমনা, মালেমগী লান নংলবা লৈবাকশিংদা য়ুএনএনা *পিসকিপিং মিসন* চত্থবা তোক্লগনি হায়রকপদগী অমেরিকাগী পিচকিপ্পরশিংবু নৌনা শেমখিবা *ইন্টর্নেসনেল ক্রিমিনেল কোর্ট* না চহি অমা য়েংশিনবা তৌররোই হায়না হৌখিবা জুলাই ১২দা সেক্যুরিটি কাউন্সিলনা য়েৎনবা লৈতনা ৱারেপ লৌখিবদুনি। অসিগুম্বা লান অমসুং হিংসাগী মাইয়োক্তা পায়খৎপদা নত্তনা য়ুএন্না অঙাংশিংগী মশা মউ ফনবা, মহৈমশিং পীনবা হোৎনৈ। হৌখিবা মে ১০দা জেনরেল এসেম্বলিগী *স্পেসিয়েল সেসন* অমা *'এ ৱার্ল্ড ফিট ফোর চিলদ্রেন'* হায়না ফমখিবা, অঙাংশিংদা হক পীবগী হীরমদা ইং ১৯৯০দা তৌখিবা মালেমগী মীফম অদুগী মতুঙইন্না য়ুনিসেফনা শৌগত্তুনা পায়খৎলকখিবা থবকশিং শীঙথাবা য়াই। মসিদা নত্তনা অতৈ হীরমদসু, ইনভাইরনমেন্ট প্রোগ্রাম, রিলিফ, হেলৎ, ইন্দষ্ট্রিয়েল, ফুড, লৌউ-শিংউ, ৱার্ল্ড ট্রেদ, ইকোনোমিক এণ্ড সোসিয়েল কাউন্সিল, ইন্টর্নেসনেল কোর্ট ওফ জষ্টিস অসিনচিংবগী কয়া পায়খৎলি।

য়ুএন ওর্গেনাইজেসন অসি য়েংলুরগা মীওইবনা হিংবগী হক ফংদুনা চাওখৎ-থৌরাঙ পায়খৎচনবগী হক অসি মেম্বর ষ্টেটশিংগী খুথাঙদা পীনবা হোৎনরি অমসুং পীরি। অদুবু ইন্দিয়াগুম্বা মেম্বর লৈবাকশিংনা মাগী প্রজা মীয়ামবু অসিগুম্বা হক অসি ফংহল্লব্রা হায়বদুদি ৱাহং ওইরি। মসিদা নত্তনা য়ুএননা মনিং মখা তম্না হিংফম থোক্লবা লৈবাক মচা কয়ামুকপু মতম চানা য়েংশিন্দুনা মনিং তমহন্নবা হক পীরি। মসিগী মীৎয়েংখাদা লৈবাক মচা কয়ামুক মনিং তম্লখ্রে। পেলাউ, সেন্ট কিটস এন্দ নেভিস, টোঙ্গা, টুভালু, জোর্জিয়া, ক্রোয়েসিয়া, ব্রুনৈ, আজরবাইজান, অন্দোরা, ইষ্ট টিমোরনচিংবা পীকখ্রবা লৈবাকশিংবু মনিং-মখা তম্বগী হক ফংহন্দুনা য়ুএন মেম্বর ওইহনখ্রে। অদুগা ভারতকী মনুঙদা জম্মু-কাশ্মীর, অৱাং নোংপোক্কী লমদম অসি মনিং তমজরগে হায়না দাবী তৌরবসু য়ুএন্না পীবা হক অসি ফংহন্দ্রি।

মীয়ামগী ঈহৌ অসিবু নমথনবা হোৎনবদা মখল মখা কয়াগী তৌহৈদ্রবা আইন চৎনহন্দুনা মালেমগী অমসুং য়ুএনগী মিৎয়েংদগী নাথৈনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা য়ুএনগী মিৎয়েংদগী কয়ামুক কুইনা নমশিন্দুনা থমগদৌরিবনো হায়না লমদমসিগী ঙসিগী ৱাহং ওইরক্লবনি। শান্তি পাম্মি, অচুম্বা পাম্মি হায়রিবা ভারতকী লৈঙাকপশিংনা য়ু এন্না পীরিবা পান্দম অসি লমদমসিগী মীয়ামদা ফংহল্লবদা য়ুএনগী পান্দম মপুং ফাহন্দুনা মালেমগী মীয়ামগী অফবা ওইগনি অমসুং তুংলমচৎ লৈবা মালেম ওইগনি। ❑

# অঙাঙগী নুমিৎ ঃ ব্রাহস্তোক

মালেমগী অতে চাওখৎপা লৈবাকশিংদদি অঙাংশিংবু জাতিগী য়ুমফম থোনবা হৌখিবসি চহিচা কয়াগী মমাঙদা লৈখ্রবনি। অদুবু লমদমসিগী মনম নমলবা য়ুম্মলদগী থোরকপা অঙাংশিংদি মখোয়গীদমক ইনভেষ্ট তৌবা ঙমদবনা অমসুং মশাগী হক ফংজদবনা মখোয়বু হয়েংগী আশা তৌরুবা য়াদ্রি। কংশগী লৈবাক্তা পোক্লুবা অঙাংশিংগী মরায়বক্কা পাংখক ওইরি। লমদমসিদদি অঙাং শিফম, শোইনাইফম ওইরি। মশা ফত্তবনা অমসুং লায়নানা নাদুনা ইণ্ডিয়াদা চহি খুদিংগী অঙাং লাক্ষ ১২০ পোকপগী মনুঙদা লাক্ষ ১.৫দি মপোক কুমওন য়ৌদ্রিঙৈদা শিবা তারি। চহি ৫ ফাওবগী মনুঙদা লৈবা নুপীমচা ৩৫,০০০না চহি খুদিংগী অশি লমদম পাংলি। নুপীমচানি খঙলবা মমাগী শিয়োমনুংগী তাওজিং হৈরু লিশিং লাক্ষ কয়া খাংঙুথক্তা খোঙ্গুল মুৎলি। মমা ওইবীগী মিনুংশিগী পুকচেলনা থব্রায় কনবিরক্লুবা নুপীমচা কয়াবু ফিভমগী মখা পোলহন্দুনা লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইদুনা চহি খুদিংগী দেবদাশী (হ্বাইট স্লেব) ওইরি। (ইং ১৯৮৯ খক্কী রেকোর্ডতা চহি অদুদা ইণ্ডিয়াগী নুপীমচা ৩০০০ ওক্তবী ওইখি।) চীঞ্জাক মচি ব্রাৎপদগী ভারতকী অঙাং ২৫০০০না চহি খুদিংগী মমিৎ তাঙলি। ভারতকী অপূনবা অঙাং মশীংগী শরুক ৩গী ১দি মচি কাবা চিঞ্জাক চাবা ফংদবনা হকচাং শোইনাইরি। হৌজিক ফাওবা অঙাং লাক্ষ কয়ানা মহৈ মশিল তম্বা ফংদনা ওলিবর টুব্রিষ্টকুম্না সনা কৈথেলশিংদা য়োমশিল্লি। ইং ১৯৯০দাময়ুম মকৈ লৈজদ্রবা লম্বীদা য়ারেকপা অঙাংশিংবু বাঙ্গলোর জেলদা ফাজিন্দুনা থমখি। বাঙ্গলোর সহরগী লূ-নানবা ফজবা শক্তম মাঙহল্লে হায়না ব্রাঙাংবা থোক্রুবা লমজাশিংদা ষ্টেটনা মরাল শীখি। চহি অদুমক্তদা *সার্ক* মীফম ফমখি। ইং ১৯৯০বু *'অঙাংশিংগী চহি'* হায়না লাওথোকখি। অদুবু হৌজিক ফাওবা অপূনবা মীশিংগী চাদা ২৫দগী ৩০ ফাওবা ওইরিবা কাঙলুপ অসিবু লায়থোকপিরি হায়বসিদি তশেংলে। অতৈ লৈবাক্তসু গবর্ণমেন্টশিংনা শেম্বুমগী, নুপীগী, লায়রবশিংগী, খুনাইগী প্রোব্লেমশিংদা হেন্না পুক্নিং থিংজিনবা মতমদা ব্রাকৎ হৈত্রিবা অঙাংশিংদি মদোম শারেপ তানজবা, নৎত্রগা মদোম শিজনবা লম্বীদা চৎলি। অদুনা ৱেলফেয়র ষ্টেট অমা ওইনা অঙাংশিংবু য়েংশিনবিবা হায়বা অসিমদি লমদমসিদা ওন্থোক্লা থেঙনা য়াহৌনবা হোৎনরি।

ভারত শাগৎপদা মাঙজীল থংনা শরুক য়াখিবা নেহরুনা অনৌবা ব্রাখল্লোন কয়া পুথোক্তুনা চাংয়েং তৌরম্বগী মনুঙদা অঙাং য়োকখৎপগী ব্রাখল্লোন অসি লময়াল্লম্বনি। মহাক্কী মপোক নুমিৎনি নবেম্বর ১৪ (১৮৮৯)। অঙাংশিং অসিগী খুত্তা জাতি অসি শিন্নরম-গদৌরিবনি। ঐখোয়গী করম্বা তুংলমচৎ অমা লাক্কদগে হায়বদু ঐখোয়না

শিন্নরমগদৌরিবা থৌদাং অসিগী চথরিবা থৌওংগী মখা পোন্না লৈরে হায়বসি নেহরুগী অচেৎপা ৱাখল্লোন্নি। ভারতকী মীয়াম অমগা মহাক্কা চৎমিন্নরি হায়বা ৱাখলসিদা চঙশিল্লিবা মীয়ামগী ঈহৌ অসিগী মরুওইরিবদি পম্ছুং অদুনি। মদুবু ফংনবা তানবদা অনৌবা মীরোলশিং শেমগৎলবতদা মায় পাক্কনি হায়বসিনি। অদুবু ঙসি ফাওবা খোঙফম ফুকপা ঙমদনা লৈরিবা থৌশীল থৌওং মপুঙ ফাদবশিং অসিনা মপুঙ ওইবা ভারত মীয়াম্না নেহরুবু নীংশিংবা তারকপনি।

অঙাংদি তাইবঙমী পোকপা মপানি হায়না ৱর্ডসৱর্থনা হায়বগুম্না অঙাংদি মপা মমাদগী হেন্না শিংই হায়না নেহরুনা হায়। অঙাং খুদিংমক্কী পোকপদগী লোয়নরকপা থোইদোকপা মগুণবু মহাক্না থাজে। শাগে জাৎ, লাইনিং খেৎনবগী চৈখল অসি অঙাংশিংদা লৈতে। মখোয়বু পূন্না লৈমিন্নহনবা মতমদা মখোয়না শান্নমিন্নগনি অমসুং খৎনগনি। মদুদগী খৎনবা লোইরগা অমুক শান্নমিন্নগনি। অদুনা অঙাং হায়বসিদি লাইরৈবাক্তসু অঙাং অদুম্মক ওইগনি হায়না মহাক্না থাজে। পনবা য়াবদি, অঙাংশিংদা পুৱারী তম্বীদুনা ভারত জাতিগী মায়ওন চুম্নবা মহাক্না হোৎনখিবা অসিনি। মহাক্না য়াম্না শাংনা জেলদা লৈরুবনা ইণ্ডিয়ান টেক্সতা মপা অমনা ভাবনা শাবা মচানুপী অমদা চিঠি ইবগী মওংদা ইণ্ডিরা প্রিয়াদর্সিনিদা ইখিবা চিঠিশিং অদুনা পূনশিল্লগা *'গ্লিমশেজ ওফ ৱার্ল্ড হিষ্টরি (১৯৩৪)'* ওইখি। মশামক্না মশাবু হিষ্টরিয়ান অমা নত্তে হায়রবসু, তত্তনা হোংলিবা পুৱারীগী শক্তমদা মাগী মিৎয়েং য়াম্না চেকশিন্না থম্বা অসিনা তাকপদি মহাকপু হিষ্টরিয়ান অমা নত্তে হায়বা ঙমদবা অসিনি। মঙোন্দদি পুৱারী হায়বসি মরুম্বী থম্বা নিংথেমকোনগী লৈমা শীজশিং অমসুং লানবনগী চেকপলনা খাজিল্লবা স্না কোনুংগী অকে-অমৌগী ঈথক ঈরাঙদা লুপলিবা নাওশোন্নরবা নিংথৌশিংগী ৱারীদু পুৱারী নত্তে হায়বসিনি। মরৈবাক নুংশিবগী কল্লবা শক্তিগা লোয়ননা লৈবাক্কী লাইবক লেপ্লিবা ৱারী শীংবুল অদুবু পুৱারীনা কৈদৌনুংদা চিংথবা ঙমগদবা নত্তে অসিনি। মচানুপীদা থাবা চিঠি অমদা অওনবা পাম্বা পুৱারীদু পল্লি, "ঙসিগী পুৱারীনা লৈবাকসিগী নৎত্রগা অতোপ্পা অমগী পুৱারী ওইবা তোকখ্রে মরমদি, ঐখোয় পূম্বা চপ মান্নবা লাইবক অমদা চেৎনা পুনশিন্দুনা লৈরে।"

সাইন্টিফিক ওইবা মিৎয়েংদা, অঙাংশিংগী নুংদা য়াওরিবা থিজিন্নিংবগী থৌনা, সাইন্টিফিক টেম্পর অদু লৈহাও চেলহনগদবনি। অঙাংশিংনা পোৎ খুদিংমকপু হেক্তা থাজরোইদবনি। লৌশিং অসি নৈনদ্রবদি, চুমথোক্তবদি য়ারোই। নুমিৎ-থাদা হুইনা লাকপগুম গ্রহন মতমদা হিন্দুশিংনা কান্নদবদা মথুম মরাঙ হৌই, চরা হেল্লি অমসুং মশানা মশাবু ঙাক-শেঞ্জবা ঙম্বা নুমিৎ থাবু ঙাক-শেন্নবা ইরুজরি হায়না নেহরুনা করেমনৈ। খুনাম অসি হয়েংগী অহলশিংনা খোঙ্গুল লীরক্তনবা মমি শামহনগদবনি হায়। তশেংবমক নেহরুনা মমাঙঙৈগী হিন্দু স্কপচর কয়া থাজদে, অদুনা কয়া নৈনদে। পুন্সি মহিংসু সোসিয়েল ডিমোক্রেটনি, নিয়ম য়াৎপা খুনাইগী মনুঙদা মপুংফানা নীংতম্বা পুরক্কনি হায়না থাজবা মীশক্তু

মহাকসু অমনি। ইয়ুকেগী ডিমোক্রেসিদা য়ুম্ফম ওইরগা সোভিয়েট সোসিয়েলিষ্ট ইকোনোমিনা উচল উহক তৌদুনা শাগৎলবা খুনাই অমনা মায় পাক্লা চঙশিনবা পামলম্মী। ভারতনা সোসিয়েলিষ্ট পান্দম অসিদা চঙশিল্লবদি ভারত মশামক্কী নিয়ম কয়া পোকচরক্কুনা অমসুং লৈবাক অসিগী মীয়াম্না মীথোই মীহেন্নিংবগী ৱাখল্লোন অদুদা চুশিন্নবা ঙমলক্কুনা লৈবাকসিগী লায়রবা অমসুং মীমান্নদবগী প্রোব্লেম অসি কোকপা ঙমগনি হায়না থাজে।

এডুকেসন পোলিসিদা, লাইরিক পারিবা মীয়ামগী মনুঙদা অঙাংশিংনা চাওরবা মফম কল্লি। মরম অসিনা মখোয়না পাননবা লাইরিক অফবা ফংহনগদবনি। *চিলদ্রেন বুক ট্রষ্ট, নেসনেল বুক ট্রষ্ট* নচিংবা লিংখৎপা পাম্মি। এলিমেন্টরি স্কুল এডুকেসন অসি *য়ুনিবর্সেলাইজ* তৌবা পাম্মি। অঙাংশিং মিং চনবা মতমদা *কমপলসিব মেথদ* কী মহুত্তা থেম নৌদুনা চত্থবনা পামই। থোইদোক হেন্দোক্লা অপাম্বা অমনা, নুপীমচাশিংদা মায় পাকপা এডুকেসন পীবসিনি। মসিনা ভারত মীয়াম শীন্থুংনা এডুকেসন পীবা ঙমগনি হায়বসিনি। মহাক্লা মঙলম্বা জাতিগী মঙলানদি স্কুল চত্তবা অঙাং, লাইরিক চত্তবা মীওই অমসুং থবক ফংদবা কনাগুম্বা অমত্তা লৈহল্লোই হায়বসিনি।

অদুবু লাইবক থীবদি, নেহরুগী অপাম্বশিং অসি থবক ওইনা পাঙথোকপা তৌদ্রি চে ওইনা লৈরি। অদুগা অশোয়বশিং খরা পল্লবদা, নেহরুনা পামজরম্বা অতৈ মোডেলশিংগী মনুঙদা ওপোজিসন পার্টিবু থৌওই-ৱাওইরমদবা অমসুং মমা লৈবাক ভারতকী মেপ য়েকপদা লম্মিৎ-তুম্মিৎলোন, শেনমিৎলোনগী মান্নবা অসিনা মপুং ওইনা উদুনা খেৎনবা কয়াগী মরক্তা কলচরেল য়ুনিটি লৈনবা হোৎনবদা পোলিটিকেল পেকেজ পীবগী ৱাখল্লোন য়ারমদবা অসিনা শকচু মান্নদবা ঙমখৈ লমদমশিংবু থম্মোয়শেংনা নুংশিবা ঙমলমদে হায়না উৎথোকপসিনি। মসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী ক্যামপোক লমজাও বর্মাদা পীথোকখিবা অমসুং মণিপুরী লোনবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চন্নবা হোৎনবদা শিখাঙ-খাঙনা য়েৎলম্বা অসিমক্লা ভারতকী ইন্টিগ্রিটিদা কয়ামুক মপু ওইবগী ৱাখল চেনবনো হায়বদু উরি। মতৌ অসুম্না ময়োল্লম মরা চেৎনবা মিৎয়েংদা মখা তানা পাল্লকখিবা নেহরুবিয়ান মোডেলগী লৈঙাক্লোন্না অৱাং নোংপোক্কী মীয়ামবু তোখাইনা তাবগুম উহল্লিবসি করি করম্না মেনখৎকদগে হায়বসিনি মাঙদা তারিবা ৱাফম। লমদমসিগী অঙাংশিংনা ফংফম থোকপা হক কয়া ঙসি ফংদনা লৈরিবা, অমুবা আইন চৎনরিবা লমদমসিগী লৈহাওদা চাওবা ফাওবা কিরিবা অঙাংশিং, থবক শীজিন্নবনা মহৈ মশিল তমহৌদ্রবা অঙাংশিং, হিংবদা ককঙাওনরবা পুন্সি মরেলসিগী থোঙ্গালদগী থোরকপা লমদমসিগী নীংবা কায়রবা অঙাংশিংনা ঙসিগী নবেম্বর ১৪দগী করি আশা তৌগদৌরিবগে? ❑

# মালেম নৈমগী নুমিৎ

এপ্রিল ২২ খুদিং ইং ১৯৭০ দগী হৌনা মালেমগী থাক্তা 'মালেমগী নুমিৎ' হায়না পাঙথোরক্লি। ৱাত্ত-পাদবা লনগৈনা চোল্লবী মালেম ইমাগীদমক্তা ঐখোয় মীওইবা পৃম্বনা কখোকপদা নত্তনা হেন্না মশা মউ ফবা অমদি অশোয় অঙাম লৈতনা হিংবা য়ারবা মফম অমা ওইন্ননবগী কখোকপা নুমিৎনি। মীশিংনা পোকখায়রকপগী খুদোংথীনিংঙাই ওইরকপা, ইনর্জি মাঙহল্লিবা, উমং ৱামং কোকথোক্কুনা মহৌশাগী শক্তম কায়হল্লিবা, চাওখৎপগী মিংদা এনভাইরনমেন্টদা পীরক্লিবা চৈথেং অসিনচিংবা মালেম ইমাদা অৱাবা পীরিবা কয়া অসিগী মায়োক্তা মালেমগী মীয়াম্না নুমিৎসিদা ৱা ঙাঙদুনা, ৱার্কশোপ তৌদুনা, ডেমোনস্ট্রেসন তৌদুনা এৱার্নেস চত্থনরি। ইহান হান্না পাঙথোকখিবা থৌরম অদুগী থিমদি "*মালেমদা তাঞ্জা অমত্তং পীবিয়ু*" হায়বা পাউজেলগা লোয়ননা পাঙথোকখি। মতাঙ অসিদা মালেমগী অশেঙবা মশকপু মালেমগী মীয়াম্না খঙবীরবরা হায়বা ৱাহং অসি কাম্থোকপা য়াদ্রি।

কুইরবা মতমদগী হৌনা ঐখোয় মীওইবনা থাজনরকপদি তাইবঙপানবা অসি ***জিওসেন্ট্রিকনি***, মালেমনা ময়ায়দা লেঙদনা লৈরগা মদুগী অকোয়বদা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক্লচিংবনা কোয়দুনা চৎলি হায়বসিনি। মীবু নমদুনা থাজহনবদা য়ুমফম ওইবা লাইনিং লাইশোল কয়ানা মালেম ইমাবু পকশীন্দুনা, কোনশিন্দুনা তুং কোইদবা মিরাং ওইনা থাকই। স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল হায়না শেরান্ননা উহল্লি। কাব্য, পুরান কয়াদা মসিবু শৌগত্তুনা ইরি। আলেকজেন্দ্রিয়াগী গ্রীক এষ্ট্রেনোমর ক্লোদিয়স পটোলেমাইনা ইকোন-কোন্না থীওরি অসিদা য়ুন্ফম ওইরগা সিষ্টেম অসিবু চুম্মী হায়খি। মহাক্না এডি ১৪০ দা এষ্ট্রোনোমিগী মরমদা এনসাইক্লোপেডিয়াগী লাইরিক ইদুনা পুথোক্লম্মী। মহাক্না ইরম্বশিং অসি মমৈথঙদদি আরবিগী মিংদা ***অলমাজেষ্ট*** হায়না খঙনদুনা চহী ১৪০০ চুপ্না ***এষ্ট্রোনোমি*** গী বাইবল ওইদুনা লাকখি। অদুবু কুইদে। দারৱিনগী ***ইবোল্যুসন থীওরি***না লাইনীং লাইশোনগী মিরাং অদু ফোইদৎখি। ইডেনগী ইংখোনদা ***অদাম ঈবনা*** খুম্থোক্কুনা মীওইবগী মীহৌরোল শেমখি হায়রম্বদু মমি শামহনখি।

খৃষ্টগী মমাঙ ৩ শুবা চহীচাদা আর্কিমেডেসকী ৱাখল্লোন অমদি থীওরি, ১৬ শুবা চহীচাদা কোর্পনিকস, ১৭ শুবা চহিচাদা গেলিলীওনা মতমদুগী খুনাইদগী পুন্সিচুপ্পগী তোঙান্না তাদুনা জিওসেন্ট্রিকী মায়োক্তা ***হেলিও সেন্ট্রিক*** (হেলিও = নুমিৎ) গী মায়কৈদা লেপখ্রবদা লাইনীং লীচৎকী ফীজঙ মরুমদা লৈরম্বা লাইরেন-লাইজাউশিং চীকমাঙ-মাঙখি। পোলেন্দ মচা কোপরনিকসনা ইবা '*ডে রিবোলুসনিবস ওরবিয়ম কোয়েলেষ্টিয়ম*'

কৌবা লাইরিক অসিদা নুমিৎনা লেঙদনা লৈরগা মদুগী অকোয়বদা প্লানেটশিংনা কোয়না ..লি হায়না শুগায়না তাক্লি। প্লানেটশিং শেমখিবগী ঙসিগী মতমগী ওইবা থীওরিশিং অসি কোপরনিকসকী থীওরিদা য়ুম্ফম ওইবা ঙাক্তনি। অদুবু প্লানেটশিংনা কোয়না চৎপগী লম্বী অদুবুদি মহাক্না চুম্না তাকপা ঙম্লমদে। অরানবা অসি জর্মন এষ্ট্রোনোমর জোহানেস কেপলরনা ইং ১৬০৯ দা চুমথোকখি। সার আইজাক ন্যুটোন্না জিওসেন্ট্রিক থীওরি অসিদা শাফু পীখিবা খ্বাইদগী অকোনবা এষ্ট্রোনোমরনি। ইংলিসকী অঙ্ক গুরু সাইন্টিষ্ট অসিনা মহাক্কী *'লো ওফ মোসন'* গা মরী লৈননা *'লো ওফ গ্রেবিটেসন'* পুথোকখি। মহাক্কী *প্রিন্সিপিয়া* হায়না খঙনবা *'ফিলোজোফিয়া নেচরেলিস প্রিন্সিপিয়া মেথমেটিকা'* কৌবা লাইরিক অসিনা এষ্ট্রোনোমিগী ৱাখল্লোনগী পুৱারী ওইরক্লবা লম্বী য়াৎলমখি।

অমরোমদা মালেম অসিনা পুন্সিরকপা চহী কয়া শুরবগে হায়বসি হৌজিক ফাওবদা হংনরিবা ৱাহংনি। হৌখিবা চহি ২০০ রোমগী মমাঙদগী হৌনা জিওলোজিষ্টশিংনা সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা থিজিন্দুনা লাকখিবদা, রোক্লচিংবা লৈশাদা য়ুম্ফম ওইদুনা থিজিনবদা মালেমনা পুন্সিরকপা চহী অসি বিলিয়ন ৪.৬ শুরে হায়রি। ৱাফম অসিবু য়ুহার হাবগী মরীদা থিজিনবদা ফংলিবা মালেমগী লৈরোন্নুংদা লৈরিবা লৈশাগী লৈরোল অসিনা চুমহন্নবগী খুদম ওইরি। অমুকসু মালেমনা হৌখিবা চহী বিলিয়ন কয়াগী মনুঙদা ঈংথরকখিবা অমসুং পীকশিল্লকখিবা অসিনা মরম ওইদুনা মালেমগী মপাম্থোংগী শক্লোনশিং তপ্না তপ্না হোংলকখিবা অসিনা মালেমনা পুন্সিরকপা চহী মশিং পুথোকপদা মতেং ওইরি।

জর্মন সাইন্টিষ্ট আলফ্রেদ ৱেজিনরগী লাইরিক *'দ ওরিজিন ওফ কন্টিনেন্টস এন্দ ওসিন'* না চহী মিলিয়ন ৩৫০ গী মমাঙগী কার্বোনিফোরস মতমগী অঙনবা শরুক্তা মহাদেশ কয়ানা অমগা অমগা নকশিন্নবা হৌরকখিবা, অৱাংদা লোরাশিয়া খাদা গোনদ্বানালেন্দ অনীনা মথং মথং নকশিন্নরকখিবা, বৃটেন অমসুং নোংপোক য়ুরোপনা ইক্বেটরনা কোনবা লেটিচুট ডিগ্রিশিংদা লৈরম্বগী ৱাফম অসি পল্লি। চহী মিলিয়ন ২০০ গী মমাঙ কার্বোনিফোরস মতমগী অথেঙবদা লোরাসিয়া অমসুং গোনদ্বানালেন্দ অনীনা থেঙ্গায়নখিবদগী পাঙ্গিয়া মহাদেশ শেম্লকখিবা অমদি, পানথালাসা মহাসাগর শেমখিবা অদুনা ত্রিয়াসিক্কী মতম ফাউবা লৈরম্মী হায়বসিনি। মসিদগী টেনথাইজ কৌবা গল্ফ অমা শেমলক্তুনা মেডিটর্নিয়ান অমসুং অলপাইন-হীমালয়ান চীংশাঙগী লমদম ওইরকখিবনি। আটলান্টিক মহাসাগর পাকথোক-চাওথোরকলিবা, ভারত উপ মহাদেশনা তোঙান্না লৈরক্লিবা অমদি মসিনা অৱাং পাংনা চৎখৎলক্লিবা অসিনা মমৈদদি অৱাংথংবা এশিয়াগা থেঙ্গায়নরক্কনি হায়রি।

ঙসিমক মালেমগী মহাদেশ অয়াম্বনা অৱাংপাংনা চৎখৎপগী খোঙচৎ চথরি। *ঈওসিন* মতমদগী হৌনা লাকখিবা অহোংবা শক্লোন অদুনা ঙসিদি আটলান্টিক মহাসাগর পাক-চাওথোরক্লিবা, এশিয়াগী লৈবাকশিংনা ভারত উপ-মহাদেশকা চপশিন্নরকপা,

অষ্ট্রেলিয়া অমদি আন্টার্ক্টিকা অনীনা হেন্না হেন্না থাপতোক্লরকপগী থৌওং চখুরি। ঙসিদগী চহী মিলিয়ন ৫০ গী মতুংদা ওইরক্কদবশিং সাইন্টিষ্টশিংনা মাঙজৌনবা ৱারোল পীবদা *রেড সি* পাক-চাওথোরকপগা লোয়ননা আর্টলান্টিক মহাসাগরনা পার্সিয়ান গল্ফদা নকশিল্লক্লুনা হেন্না পাক-চাওথোরকখিনি হায়বসিনি। নোংপোক অফ্রিকাগী লমদমদা চেকখায়বা পরীঙ অমা থোক্লিবা অসিনা অনৌবা মহাসাগর অমা ওইরকখিগনি অসিনি। অষ্ট্রেলিয়া অমসুং নোংপোক অফ্রিকা অনীনা ইকেটরগী অৱাংদা চৎখত্তুনা লৈখিগনি। মতম অদুদা আন্টার্ক্টিকানা খা মেরুদা হেন্না হেন্না চখুখিগনি হায়বা তুংদা থোক্লগদবা ৱাফম ফোংদোক্লি।

অসুম্না তাইবঙপানবগী সোলর সিষ্টেমগী মনুঙদা মালেমনা হেক পোক্লকখিবদগী ঙসি ফাউবা পুন্সিরক্লিবা চহী বিলিয়ন ৪.৬ অসিগী মনুঙদা মহাক্কী মপাম্মোংগী শক্তমদি লেপ্পা লৈতনা হোংদুনা লাক্লি হায়বসি কক্লিংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি। লুরিবদি, কিলোমিটর ৬,৩৭০ লুবা মালেমগী লৈরোন্নুং (ইন্নর কোর) না সেলসিয়স ডিগ্রি ৪০০০ গী মৈশা পীদুনা থৱায় পালহল্লিবা মালেম ইমানা ঈঙথরকপা অমসুং পীকশিল্লকপগী খোঙচৎনা মহাক্কী শকপাম্মোংদা অওনবা অহোংবা পীরিবা অসি নত্তবদা, মালেম লৈমায়দা শাইদাংদুনা খুন্দা লৈতারিবা থৱায় পানবশিং মরুওইনা ৱাখল লৈবা মীওইবনা মহৌশাগী শক্তমদা অকায়বা পীদুনা অমদি মীশীংনা পোকখায়দুনা লৈবা য়াদ্রবা মফম অমা ওইরক্লিবা অসিদগী কলহৌনবা মাঙজৌননা হোৎনহৌবা অসিনি।

ঙসিদি বিলিয়ন ৬.৩ লানখ্রবা মালেমগী মীশিং অসি চহীদা মিলিয়ন ১৫০ গী মথক্তা হেনগৎপগী চাংদা চৎতুনা ইং ২০৫০ দা বিলিয়ন ৮.৯ মুক ওইরবা য়াই হায়না পানরি। অফ্রিকাগী সব-সাহরান লমদমশিং, নোংচুপ এশিয়া অমসুং খা এশিয়ানচিংবা চাউখৎত্রিবা লায়রবা লৈবাকশিংনা মালেমগী মনুংদা খ্বায়দগী য়াঙনা মীশীং হেনগৎলি। হেনগৎপগী চাং অসিনা বিলিয়ন ৪০/৫০ য়ৌরকপদা মখা তানা মালেমনা পুবা ঙম্নরোই হায়বা ৱাফমসিনি। অকক্লবা চাং অসিবু ককপা য়াদবা ৱাফমদি, মালেমনা কোকথোঙনদুনা পুবা ঙম্বা মীশিংগী চাংদি মখোয়গী পোখোক পুথোক্লবা লৌউফম অদুগা চান্নবা মীশিং অদুখক্তনি। অদুবু মতাঙ অসিদা মীওইবগী পুন্সিগী মগুণ অমসুং খুনাইগী ওইবা লীচৎ অদুনা মীশীকং হেনগৎপগী থৌদৌবু খুদুম চনবা ঙমগদবা অদুবুদি খন্নদবা য়ারোই। ঙসিদি খুঙ্গাউ লৈচাউহন্দুনা মীশীং হেনগৎনবা মীৎয়েং অসি তোকপগা লোয়ননা চাউখৎত্রিবা লায়রবা লমদম অসিগী মীয়ামগী পুন্সিগী মগুণ লৈহন্নবা হোৎনবা অসিনা অহানবা ৱাফম ওইরি। মীপুম খুদিংমক্কী পুন্সিনা মগুণ লৈহল্লবদা অমসুং খুনাইগী ওইবা ৱাখল মীৎয়েং লৈরবদা মীওইবনা উমং ৱামং কোকথোক্তুনা মহৌশাগী শক্তমদা অকায়বা পীরিবা, পোল্লুসন অমসুং ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসনগী অমাঙ-অতানা লান্দা শিবা মীশীংদগী হেন্না মী হাৎলিবা, মালেমগী মীশীংগী চাদা ৬০ ওইবা এশিয়া হুপ্না ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসন কন্না

চথরিবা অসিনা ইকোসিষ্টেমদা শাথীরবা চৈথেং পীরগদৌরিবা অসিনচিংবা কয়াদগী পোলিটিকেল ওইবা খোঙকাপ লৌদুনা থিংবা ঙমগদৌরিবনি।

ঙসিগী লাল্লবা লৈঙাক-খুনাইগী থৌওং, লাইরিক মতম্বী, নিও কোলোনিয়েল ওইবা লৈঙাক্না ফুরুপ মশেল চিংখায়নবা হোৎনবগী থৌওং অসিনা মরম ওইদুনা উমং-ৱামং কোকথোক্নুনা অমদি মৈ থাদোক্নুনা মহৌশাগী শক্তমদা অকায়বা পীরিবা অসিবু থিংবা ঙমদ্রি। মসিবু তুং কোইনা থিংবা ঙম্লনবা মায়পাকপা য়াবা থৌরাঙ পায়খৎপা ঙমদ্রি। অৱাবদি ঐখোয়গী লমদম অসিৱাইদদি মালেমগী তুংলমচৎ খন্নদ্রি, মাগী মরায়বক তম্বা ঙমদ্রি। মঙোন্দা লঙজরুবদগী নোংজু নুংশানা মচিং মশোল নাইরক্নুনা অৱা চৈথেঙ নংলবা ঐখোয়গী মীয়াম্না মীৎকপ থোক্লি। মীনা ৱারগা ফি তাখৎতুনা য়েংনবা লাক্লরি। অশি-অনাবু কুম্মৈ ওন্থোক্লরি। মতমগী পুৱারীগী উফুল ওন্থোক্লবা হোৎনমিন্নবি। অমরোমদনা ঐখোয়গী পুন্সি মহিংদা মালেমগী ওইবা মীৎয়েংনা য়েংবগী ৱাখল লৈত্রিবা অমসুং, মালেম লৈমদা শীঙনরক্লিবা খিবিক অসিবু মায়োক্লবদা অফবা তাঞ্জা ওন্থোক্লবা হোৎনবগী ৱাখল ফাওবা লৈত্রিবা ঐখোয় মীয়ামগী অপঙবা, ভাব তাদবা অসিগী খুদোংচাবা লুচিংবা শাবা লৈঙাকপশিংনা লৌরি। ❑

# মালেমগী ওজাগী নুমিৎ

চাইনীজ পাউরৌদা চহী অমগী খুজীল থৌরাঙ য়াৎকে হায়রবদি মরু মরাঙ শুল্লু, মীরোল অমগী থৌরাঙ য়াৎকে হায়রবদি উ থাউ অদুগা, চহীচা অমগী থৌরাঙ তৌগে হায়রগনা মীয়ামদা এডুকেসন পীয়ু হায়বদুনি। এডুকেসনগী তুংকোয়না পান্দম অমসুং মী মশাদা নত্তনা লৈবাক খুনাইবু শেমগৎ-শাগৎপগী দাইত্ব লৌবা থৌওং অদুবু শন্নপ্না উৎথোকপনি। প্লেটোনা হায়বগুম্না, মীওইবগী হকচাং অমসুং নুংদা লোৎলিবা পুন্সিগী খ্বাইদগী ফজবা অমসুং মপুঙ ফাবা হায়বদু পীদুনা মদুবু (মহাকপু) থবক ঙমহনবা অদুবু এডুকেসন্নি হায়বসিনি। অদুনদি, এডুকেসন হায়বসি পুন্সিবু অচুম্বা মায়কৈদা, তুংলমচৎ লৈবা মায়কৈদা লম্বী পীবা পোৎশক ওইরি। অশেঙবা এডুকেসন্না পুন্সিগী অৱাংবা আসা অমসুং শেংলবা ভেল্যুশিং ফংহন্নবগী লম্বীদা চিংশিন্নবগী মচাক্তি শোয়দনা পীরি। তশেংনমক এডুকেসন্না অপাকপা মীৎয়েং, খল নাইরবা ৱায়েল-ফিরেপ পীদুনা

অমসুং লৌশিং জ্ঞান পীদুনা হৈথোই-শিংথোইবা ওইহন্দুনা মখোয়-মখোয়গী ভেল্যুগী অচুম্বা ৱাখল মীৎয়েংদা য়ুম্ফম ওইহল্লগা মখোয়গী পুন্সিবু মশানা পাম্বা মওংদা চুম্না শাগৎচবা ঙমহনবা অদুবু এডুকেসন্নি হায়না শম্না শীঙথাবা য়াই। মসিনা মশা-মশাগীদা নত্তনা লৈমিন্নরিবা মীয়ামগী অমসুং খুনাইগী অমদি মীওইবা খুনাইগী য়াইফবা অমসুং অশেঙবা তুংলমচৎকী মরীদা মথৌ তাবা থবক তৌহন্নবগী অকনবা ইথিল পীবদু অশেংবা এডুকেসন্নি হায়বা শন্নপ্না হায়বা য়াই।

লাক্লিবা ৱাহংদি, হায়রিবশিং অসি কনানা পী ? মসিবু ওজা য়াওদনা গবর্নমেন্টনা নৎত্রগা, মমা-মপানা নৎত্রগা লাইরিক্লা পীবা ঙম্বা হায়বসিনি। অঙাঙবু করম্না লৌশিংগী ঈথৌ লাংহনগদগে হায়বা মুন্না খঙলবা অমসুং থবক তৌরিবা ওজা হায়বসি য়াওদনা করিগুম্বা লৈহাও অমত্তদা এডুকেসন পাম্বী থাবা য়াদে, হৌহনবা ঙমদে। এম গান্ধিনা হায়খিবগুম্না, মহাক্কী মচীন্না পোৎশক অমত্তদা তন্বীরিবা অমসুং থবাক্তা পোৎয়োম হাপ্লগা হনগদবগী ঙাইরিবা ওজাদুগীদমক ৱাবীবা পোকই হায়বসিনা ওজাগী তৌফম থোকপা মথৌ কয়াদা পাক-চাউনা খুনাই অসিনা লৌখ্রবনো ? লোম্বা-খম্বা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা ওজা অমনা পূক্লিং ঈথৌ লাংহল্লিবা অমসুং মহাক্না ইথিল পীরিবা থৌওং অসি কদায়দা লেপচগদগে হায়বা মহাক্না কৈদৌনুংদা হায়বা ঙমজদে হায়বা হেনরি অদামসকী ৱাফম অসিনা তাকপদি ওজাগী শিনফম অসি কয়াদা শেংলবা অমসুং ৱাংলবা থাক্লো হায়বসিনি। মীওইবা খুনাইনা ৱাফম অসিবু মুন্না য়েংশিনফম থোক্লে,খম্থফম থোক্লে খঙনা চখরকপা মালেমগী মরুওইবা খেকাঙচৎ ওইরবনি। ঐখোয়না তাংজদুনা হিংলিবা প্লানেট অসিগী অমসুং মীওইবা খুনাইগী চহীচা কয়া কয়াগী তুংলমচৎ পীরিবা অমসুং অফবা মায়কৈদা হোংহল্লিবা এডুকেসন্নি অমসুং পাম্বী অসিবু মখোঙ শোমদুনা হিংহল্লিবা অমদি পাম্বী-পান্দোঙ চাউহল্লিবা ওজানি হায়বা ৱাফমসি মালেম্না ২০ শুবা চহীচাগী অরোয়বা তাঙ্কক্তা খঙলক্কুনা তৌফম থোকপা থবকশিং হকচীন্না লৌদুনা পায়খৎলকপগী পুৱারী অমা ইবা হৌখ্রবনি।

ইন্টর্নেসনেল কনফরেন্স ওন এডুকেসন্না খুনাইদা ওজানা লৌরক্লিবা মরুওইবা থৌদাং অসিবু মুন্না খঙবীবা ওইনা ইং ১৯৯৪দা জেনেভাদা মালেমগী ওজাগী নুমিৎ হৌদোকখি। মালেমগী মীয়াম্না ওজাগী তৌবীমলবু মশক খঙবা ওইনা ওক্তোবর ৫ খুদিংগী ওজাগী নুমিৎ পাঙথোক্লরক্লি। ঙসিগী খোঙজেল য়াঙনা চঙশীল্লক্লিবা টেক্নোলোজি অমসুং মল্টিকলচরনা খুদুম চনখ্রবা মালেম অসিগী তুংগী মীরোলগীদমক্তা য়াম্না লুনা খন্নদবা য়ারক্কে হায়বগী মীৎয়েং অসিদা ওজাগী থাকপু অৱাংবা থাক্তা থমদুনা মখোয়বু পুনশিন্নহন্নবগী থৌওংনি। ইং ১৯৯৪ দা ইহান-

হান্না হৌদোকল্লবসু ফিরেপ অসি ইং ১৯৬৬ ওক্তোবর ৫ দা য়ুনেস্কোগী থৌশীল মখাদা ইন্টর-গবর্নমেন্টেল কনফরেন্সনা লৌখিবা ৱারেপশিং অদু রিকম্মেন্দ তৌননবা লেপ্পুখিবা নুমিৎ অদু নীংশিংনবগী পান্দমসু অমনি। মালেমগী ওজাগী নুমিৎ অসিনা ইং ১৯৯৭ দা হায়র এডুকেসন তম্বীরিবা ওজাশিংগী থাক্তা মরী লৈননা তৌখিবা রিকম্মেন্দেসন অদুবুসু কোনশিল্লি। লাইরিক তম্বীরিবা মীওইশিংগী শিনফম অসিনা পীরিবা মমল নাইদ্রবা খুদোল অসিবু শীঙথানবগী অমসুং ময়েক শেংহন্নবগীদমক্তা মীয়ামগী থাক্তা এৱারনেস ঈহৌ পীনবা এডুকেসন ইন্টর্নেসনেলনা চহী খুদিংগী হোৎনরক্লিবা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম অমনি।

মালেমগী নুমিৎ অসিনা পান্লিবা পান্দমশিংগী মনুংদা মরুওইবদি, মতীক চাবা ওজা পুথোক্তুনা এডুকেসনবু মগুণ লৈহনবা হায়বসিনি। গ্লোবেলাইজিং সেনচুরি অসিগী মীয়াম্না পাম্না তান্নরিবা কালিটি এডুকেসন অসি পীবদা ওজাশিংগী চীখবা য়াদ্রবা থৌদাং লৌরিবা অমসুং মীওই খুদিংমকপু এডুকেসন পীগনি হায়না ৱাশকখ্রবা গবর্নমেন্টকী ৱাশক অদুবুসু পাঙথোকহন্নবা পান্দম ওইরি। কালিটি এডুকেসন পুরকপদা চঙলিবা ক্লাস সাইজ হন্থহনবা, মিংজন মশীং হেনগৎহনবা অমদি ওজা মশীং ৱাৎহন্দনবা অসিনচিংবা এডুকেসন্দা চৈথেঙ পীবা য়াবা কয়ামুক অসি দিবেট তৌদুনা মরী লৈনবশিংদা চেকশিন-ৱা মতম চানা থমহৌনবগী মীৎয়েং য়াওরি।

ঙসি ইনফোর্মেসন্না পোকখায়রবা ২১ শুবা চহীচা অসিদা খ্বায়দগী চঙদ্রবা পোৎচঙদি লৌশিং জ্ঞান অসিনি। মহে তম্বীবগী থৌওং অসিগীদমক্তা ওজা অমগী চঙদবা য়াদ্রবা প্রোফেসনেল স্কিল অসিমক্তা য়ুম্ফম ওইরিবা লৌশিং জ্ঞান্নি, মদুনা অহোংবা কয়াবু থোকহল্লিবা মচাক্লি। ঐখোয়না ঙসি হিংলিবা অসিমক পুৱারীগী ওইবা মীৎকুপ অমখক্তনি, মসিনা অহোংবা অওনবগী খোঙকাপ অসুক্কী মতীক থুজিলহল্লিবনি মদুদি য়াম্না থুনমক মাঙখিদৌরবা হৌজিক্কী মতম অসিখক্তমক ঐখোয়না য়েংনবা, খঙনবা হোৎনরি। য়ামদ্রবদা চহীচা অমগী অফবা পুরক্লবগী দায়ত্ব লৌরিবা এডুকেসন হায়বা পাম্বী অসিবু মখোঙ শোন্লিবা মখোয়শিং অদুগী থাকপু ৱাংহল্লবদি মখোয়গী মঙলানশিং ফজবা মশানা তাবনি অমসুং তুংলমচৎকী মপু অসি মখোয়বু ওইহনবা তাবনি। অসিগুম্বা মহৈরোয়শিংবু লৌশিংগী ঈখৌ লাংহনবা ঙল্লিবা ওজাশিংগী তৌঙম্বা প্রোফেসনেল স্কিলগী হৈশিংবা অসিবু শীংথাগদবা নুমিৎনি, য়োকখৎকদবা নুমিৎনি। হায়রিবা কালিফাইদ ওইরবা প্রোফেসনেলশিং অসি খক্তনা কালিটি এডুকেসন পুরক্লবগী মরুওইবা মচাক্লি, অসিগুম্বা মীশকশিংগী খুনাইগী অওনবা অহোংবদা চাউনা শরুক য়ারিবা এজেন্টশিং ওইরিবনি।

নুমিৎসিনা পীনিংলিবা পাউজেলদা, লাইরিক তম্বীবা হায়বসি লাইরিক হৈহ্নবা, পারা তাকপীবা, পাউতাক পীবা, খঙননবা তাকপীবগী খক্তা নত্তে। খঙনীংবগী ঈখৌ লাংহনবা, লৌশিং হাপচীনবিবা, কনাগুম্ববু তেঙবাঙহনবা অমসুং লমজীংহনবা, একাদেমিক ওইনা ফগৎহনবা, খুনাইগা লৈনবা মরী অমসুং পূক্লিং ৱাখলগী ওইবা মরী ফগৎহনবা, কনাগুম্ববু মরোমদোম ফগৎহনবদা তেঙবাং পীবা, শম্মা হায়রবদা হেন্না ফবা মালেম অমগী ফম্বাক্তা চঙহন্নবা থোঙ হাংদোকপীগদবনি হায়বসিনি গ্লোবেলায়জীং সেনচুরিগী মীৎয়েং।

মরম অদুনা ওজা য়াওদবা ঐখোয়না পান্নিবা এডুকেসন ফাবা ঙম্লোই; মরমদি তম্বীবা হায়বদি চুম্নদগী অঙাঙদুদা চুমদুনা লৈরবা ফেক্ট অমসুং ফিগর তম্বীবা খক্তং নত্তে হায়রিবা। তম্বীবা হায়বসি ঈখৌ লাংহনবনি, মখোয়গী লৈশাৎ তম্লক্কদব তোপ তোপ্পা মগুণ অদু শো হাংদোকপীবনি, মখোয়দা অনৌবা ৱাখল মীৎয়েং পীবনি। হেন্না ফবা মালেম অমা শাগৎনবগী মঙলান অদু মঙফাওনহনবনি। মসিগী মীৎয়েং অসিদনি মালেম অসিদা লৈরিবা অঙাঙ খুদিংমকপু মতীকচাবা ওজা ফংজনবগী হক অদু ফংননবা এডুকেসন ইন্টর্নেসনেলনা হোৎনরক্লিবা। এডুকেসন সিষ্টেমগী থাক খুদিংমক্তা কিন্দর গার্টনদগী হায়র এডুকেসন ফাওবগী মনুংদা মতীক চারবা ওজাশিং মখৌ তাই হায়বসিনি; মখোয়না অঙাঙগী থকশি খাশি, খাঙবা কনবা, মান্নবা মীৎয়েং অমসুং অমগা অমগা পূক্লিং হোদোক্লবগী লম্বী অদুদা চঙবা মচাকশিং ফংহনবদা অঙাঙশিংবু লমজীংগদৌরিবনি। মতীক চারবা ওজাশিং অসিনা অঙাঙশিং অমসুং অনৌবা মীরোলবু খুনাইগী ওইবা অমসুং পুন্সিগী ওইবা হৈশিংবা মগুণশিং হায়বদি, থাজবা থমহনবা, ৱারী-ৱাতায় শাবনা ৱাখল ফাওদোক্লহনবা, চয়েৎনবশিংগী ৱাখৈঙম্বা ৱাখল্লোন অমসুং মশানা মশাবু ইকায়-খুম্নজবগী পুন্সিগী মগুণশিং অসিবু চাওখৎহনবা ঙম্লিবনি।

মরম অদুনা মালেমগী ওইবা মীৎয়েংদা মহৌশাগুম্না ঙসি ফাওবদা চাউনা লৈরিবা শীঙনবা অসিবু থেংননবা উপাইদি ক্বালিটি এডুকেসন্নি, যুম্বীরোল ওইরিবা ওজানা থোঙ শেন্নহনবনি, মখোয়না অঙাঙশিংবু হেন্না ফবা মালেম অমগী থোঙজীন্দা পুশিন্নবা থোঙ হাংদোকপীরিবনি হায়বসিদা য়েৎননীংঙাই অমমুক লৈত্রে। মসিদা য়ুনস্কম ওইরগা লায়রবা ৱাখৈনবগী, কাঙলুপ নাইববু মরু ফংনা মুথৎনবগী চঙশীল্লকপা এডুকেসন শোয়দনা মহয় য়ানগনি হায়বসিনি। জেনেভাদা ইং ১৯৯৪ দা ইন্টর্নেসনেল কনফরেন্সনা মালেমগী ওজাগী নুমিৎ হৌদোকখিবা অসিমক মীওইবা খুনাইদা ওজাশিংনা লৌরিবা মরুওইবা থৌদাং অসিবু শীঙথানিংলক্কুনা চহী খুদিংগী থৌরম অসি পাঙথোক্কুনা ইকায়খুম্নবা উৎনরিবনি। মরম অদুনা ঙসিগী মালেমগী ওজাশিংনা ঐখোয়গী অঙাঙশিংগীদমক থোঙ হাংদোকপীরিবা থৌওং অসিগী মখা পোন্না লৈরে ঐখোয়গী হয়েংগী মালেম॥ ❑

# ৱার্ল্ড হেরিটেজ ডে

হৌরকফম ওইরিবা ইপা ইপুগী খুনাম খোঙ্গুল চারোল শুরোলগা লাপথোক্লবা য়াদে হায়না কন্না হায়নরক্লে। লীপুন অসি চাওখৎপা থীনথহৌরব, মশীং য়ামজদ্রবা ফুরুপশিংগী ৱা ঙাক্তা নত্তে। মালেমগী লেপনাইদবা ঈচেলদা অহোংবা অওনবা পুরক্লিবা মালেমগী ওইবা লীপুন্নি। এপ্রিলগী চৈচৎ ১৮ অসিদা পাঙথোক্লিবা *মালেমগী ইপা ইপুনা থম্বিরম্বা লনগৈগী নুমিৎ* নি। মান্নবা লম্মিৎ তুম্মিৎ লৈশেমলোনগী মনুঙদা পুন্না হিংমিন্নরিবা লম্মখাঙদা ঈথিল পীদুনা খাইবুং খাইবুং তৌনরুরবসু ইপা ইপুনাৎ নীংশিংনদুনা তৎন-থানবা অপূনবগী পুন্সি মহিং অমা পুরক্লবা পান্দম ওইরি। মীওইবগী পুন্সিদা মপা মপুগী চাউথোকচনিংঙাই ওইবা অপূনবা পুন্সি অমসুং নাৎপু নীংশিংহন্দুনা খুনাইগী মী অমা ওইনা হিংমিন্নবগী লম্বী য়াৎলি, অশানবা মীৎয়েংগী পুন্সিগী পান্দম ওইরি।

*ৱার্ল্ড হেরিটেজ ডে* হায়বা মালেমগী মফম খুদিংদা পাঙথোক্লবগুম মণিপুরদসু পাঙথোক্লি। মণিপুর অসি পীকচরবসু কলচরগী লমদদি করিসু নোপ্তে। ঈপা-ঈপুনা থম্বিরম্বা পুক্কে লনগৈগী অরংবা মশক ৱাত্ত-পাদনা থমবিরম্মি। *নেচরেল হেরিটেজ সাইট কয়া, কলচরেল সাইট, হিষ্ট্রিকেল সাইট* কয়া লৈ। রিফরেন্স লাইব্রেরিগী মচাক ওইরবা অহৎকপশিং, নুংবীশিং, নেচরেল অমদি হিষ্ট্রিকেল মোনুমেন্টশিং থিজিনবা খোমজিনবা লোইদনা লৈরি। খরদং পনবা তারবদি, *সেনাপটি ডিষ্ট্রিক্টী ৱিলোং মেগালিথিক সাইট* পনবা য়াই। মোনুমেন্টশিংগী মনুঙদা য়াম্না ফজনা মমিং চৎপা অমনি। মাও মরাম ফুরুপকী ইপা-ইপু হাক্তক্তগী হৌনা চৎনরকপা নুংয়ুংবীগী নাৎনি। খুলগী মনুঙদা মতীক মগুণ লৈবা মীওইশিংদা অখন্নবা ফীজোল থোন্দুনা , মদু নমদা ইলহলন্দুনা ইকাই খুম্নরকপা চৎনবীনি। মমিংশিং অদু 12'x6' পাকচাওবা নুংবীদা হক্লগা খুলগী খুম্বোংদা য়ুংঙি। নুং মশিং ১০৯ শুরে। অদুবু লাইবক থীবদি, মমল লৈপ্তবা নাৎ অসি হৌজিক্তি খৃষ্টানগী নুংশিংনা হুমদোকখ্রে, মখা তাখিদ্রে। ৱিলোং মেগালিটিক মোনুমেন্ট অসি পুৱারীগী হেরিটেজ ওইহৌরে। ষ্টেট সরকারনা ১৯৯৭দা প্রোটেক্সন তৌদুনা ঙাক শেন্দুনা থমলে।

অতোপ্পা পনবা য়াবা অমনা, *ফুংয়ারগী চীংদুম লুংফা* লৈরি। তাঙ্খুল ইপা ইপুশিংগী হৌরকফমনি। হৌজিক্তি তাঙ্খুলশিংনা মফমসিদা থৌরম তৌবা হৌরে। শেংলবা প্রিহিষ্টরিক হেরিটেজ সাইটনি। রিছার্চ তৌবা য়ারে। মথংদা, *উখ্রুলগী কাংখুই শুরুং* লৈরি। প্রোটেক্সন দিবলপমেন্ট পায়খৎপগী প্রোগ্রাম হান্না লৈরম্লবসু এলোটমেন্ট প্রেসেসতা অপনবা লৈবদগী পায়খৎত্রি। প্রজা মীয়াম ইনভোল্ব তৌদবা য়াদে হায়বসি স্বায়দনি। মথংদা, *চুরাচান্দপুর*

*ভেং ময়াগী তোনিয়াং খুলদা চীবু নুঙ লৈরি*। চন্দ্রকৃর্ত্তি মহারাজনা মণিপুর পুৰারিগী পাফল য়েক্লস্বা মগুণ লৈবা নুংবীনি। অমুকসু *থাঙ্গাল শুরুংগী হিষ্ট্রিকেল সাইট* লৈরি। মফম অসিদি থাঙ্গাল মীয়াম্না থৰাই য়াওই। থাঙ্গাল নিংথৌনা লম মতীক চানা পীজগে, প্রোটেক্সন তৌবিয়ু হায়জরকপা ফনা কুইখ্রে। অহল ওইরবা নিংথৌনা লোয়শঙদা অমদি সনা কোনুংদা লাক্লুনা তক্লরম্বনি। হৌখিবা চহী অসিদা কয়া উখিদরে। ইম্ফাল পুখাও লম্বীদগী খরা চৎলগা *তাংখম লাইপুবগী হিষ্ট্রিকেল সাইট* লৈরি। *তমেংলোংগী থারোন শুকং।* হিষ্ট্রিকেল সাইট ওইনা দিবলপ তৌবগী লিষ্টদি য়াওরে। থারোন হায়বসি কবুই ফুরুপ্তা নত্তনা মণিপুর পুৰারীগী অশেংবা মফমনি। মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মফমসিবু লুনা লৌরম্মি, বোধচন্দ্র মহারাজদি মফমদুদা চত্তুনা খুরুমলুই। *অনাল খুল্লেনগী মেগালিথিক হিষ্ট্রিকেল সাইট লৈরি। ৰাংথোনবী লৈপুং, কাইনচীং, গম্ভীরসিংহ সমাধি, সঙ্গাই যুম্ফম, সেক্তা আর্কেওলাজিকেল সাইট লৈরি।* অমুকসু, লৈকাই খুঙ্গং খুদিংদা উমং লাইগী লাইকোনশিং,, *হৈঙাংগী মার্জিং খুভম, মোইরাং, কোন্থৌজম লাইরেম্বী, হৈবোকচীংগী নেচরেল সাইট, হিয়াংথাং, মোন্দুম, নোংমাইজিং, কৌব্রু, গারোকনচিংবা* লৈখ্রে। শীঙথাবদা লোইনাইদে। *ৰাঙ্গোইগী লাইকোন, হয়িংখোঙবাল, মোংবহনবা* অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। অমুকসু, লাইকোনশিং অসিবু শেন্নবা লনাই মীওইশিং অমদি খুনাইগী লূপশিং মতমগী মতুংইন্না পোক্লকই। মদুগী মনুংদা *কাংজিয়াগী লুপ, লৈশেম পাথৌ, সৎজান লূপ, কংলা কনবা লূপ* অসিনচিংবা পনবা য়াই। অদুবু চথরিবা থৌশিল থৌওং অসি কদায় ফাওবা চুমশিন্নবা মওংদা কো ওর্দিনেসন পীনরবগে, লৈবাক্কী মীৎয়েংদা থবক তৌবা ঙম্বিরবগে হায়বদুদি ৰাহং ওইরি। পুৰারীগী লংদায় অমগী চীংখৈ হুল্লকপগী অমম অঙান শিন্নরকপা, ভু উরকপা অফবা তাঙ্কক অমদা অসিগুম্বা মশেল থাজনদবগী অমদি লুচিংবা য়োকখৎনদবগী নুংশিৎনা হুমদুনা লৈচিল নোংফাই থাংহল্লি। তাঞ্জাসিদা মরৈবাক্কীদমক থোঙ থীনবা ঙম্বা ইদু নিংথৌশিং ঙাইনরকপদু ঙসিসু লোইদ্রি, মখা চথরি।

অসুম্না ঙসি ওইরিবা হীরমদি, হেরিটেজ সাইটশিং অসি মালেমগী থাক্তা প্রোটেক্সন অমদি প্রিজার্বেসন চথবনা ওইরি। ৱার্ল্ড হেরিটেজ লিষ্টতা য়াওহন্দুনা শেমগৎপসু ঙসিগী হীরম অমা ওইরি। আসামগীসু ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী ঈয়াইদা *মাজুলি ঈথৎ* লৈরিবা অসি য়াওহন্নবা হোৎনরি। ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংগীদমক্তা ৱার্ল্ড হেরিটেজ লিষ্ট শেম্বদা সাইট ২১ থাগৎপগী মনুঙদা নেচরেল হেরিটেজ সাইট ৫, কলচরেল সাইট ১৬ খনগত্তুনা পুন্না সাইট ২১ মালেমগী থাক্তা ঙাক শেন্দুনা শেমগৎখ্রে। ভারতকী মনুঙদা কলচরগী কোনুংনি হায়রিবা মণিপুরগী য়াওবা ঙমদ্রি, আসা অদু তামলি। ষ্টেট সরকারনা কংলাগী কনসেপচুয়েল প্লান তৌরবসু প্রোসেস তৌরি, চথরি হায়দুনি।

ইং ইং ১৯৭২ দা য়ুনেস্কোগী জেনরেল কনফরেন্সনা এদোপ্ট তৌদুনা মালেমগী কলচরেল অমসুং নেচরেল হেরিটেজ ঙাকশেন্নবা চত্থরকপা যৌশিল অমা ওইনা *ৱর্ল্ড হেরিটেজ কমিটি* না হেরিটেজ লিষ্ট শেমদুনা তোপ তোপ্পা মমল লৈবা লনগৈশিং ঙাকশেল্লকই। অদুগা ৱার্ল্ড হেরিটেজ কমিটিনা ১৯৯৬কী ২০শুবা সেসন্দা ফোর্মেট শেমদুনা হেরিটেজ লিষ্টকী নাৎকী অমদি মহৌশাগী লনগৈশিং খনগৎনবা ষ্টেট পার্টিশিংদা নোমিনেসন তৌরক্লবা গাইদলাইন পীরকই। সাইটশিং অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ লৈদুনসু ফোর্মেট অদুদা পল্লিবা ইনফোর্মেসন অমদি দোকুমেন্টশিং অদু ষ্টেট পার্টিশিংনা পাঙথোকহন্নবা ৱাফম পল্লি অদুনা নোমিনেসন অদু থাগৎলকপদা য়াওরিবা দোকুমেন্টেসনশিং অসি ৱার্ল্ড হেরিটেজ কমিটিগী খুত্তা থমগনি হায়রি। নোমিনেসনশিং অসি জুলাই চৈচৎ ১গী মমাঙদা থাগৎকদবনি। কমিটিগী ৱারেপকী মতুং ইন্না ষ্টেট পার্টিশিংদা খঙহল্লিবদি, মখোয়গী কলচরেল প্রোপর্টি ওইনা টেনটেটিব লিষ্টা য়াওদ্রবদি মদু খল্লক্কনু হায়রি। অদুনা ফোর্মেটকি মনুঙদা *প্রেপর্টি আইদেন্টিফিকেসন, ইন্সক্রিপসন, জষ্টিফিকেসন, দিসক্রিপসন, মোনিটরিং, দোকুমেন্টেসন* হায়বনচিংবা অকুপ্পা যৌওং কয়া য়াওরি। ৱার্ল্ড হেরিটেজ কনফরেন্সকী মথৌ পাঙথোক্লবা *ওপরেসনেল গাইদলাইন* কয়া অমা য়ুনেস্কো অমসুং ইন্টর-গবর্ণমেন্টকি কমিটিগী মখাদা শেম্মি। মসি থবক অমনি। অদুনা বন্দ, ষ্ট্রাইকনা লাকহৎলবা লমদমসিগী লৈঙাক ৱায়েলগী মপুং ফাদবা মতৌ অসিনা থবক অসি তৌবদা অবায়বদি নত্তে।

মণিপুরগী কন্টেক্সতদি, মখল-মথেলগী সোসাইতি অসিগী মনুঙদা পোলিটিকেল কনফ্লিক্ট থোরকপনা কলচরবু করিসু লৈহন্দবগুম্না উহল্লিবসি কলচরগী মপু ওইবশিংগী অশোনবনি। অমুকসু ভারতকী লুচিংবনি হায়বশিংনা লমদমসিগী রাজনিতিদা *দিবাইদ এন্দ রুল* তৌবগী মওং অমা লৈবা অসিনা চীং-তমগী মান্নবা অপূনবা কলচরগী পান্দম চত্থবদা শাথীনা অকায়বা ওইরি। পুম্নমকসি নমখায়দুনা চৎপা ঙম্বা হায়বসি খুনাইগী ওইবা যৌওং নত্তনা অহানবা পাম্বৈ লৈতে। কলচরেল এডুকেসন চত্থবা তাই, মপা মপুবু নুংশিহনবা তাই। তঙায় ফদনা ঐখোয়না খঙঙি মদুদি খুনাইসিদা দিবাইদ এন্দ রুল তৌরবসু য়েলহৌ ইনাৎশিংগী লংলানা তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী থমোয় ফাবা ঙমলি, লৈইগী রাংমা লান্না চৎখিদ্রি। অপুনবা শক্তমগী ইনাৎকী মচুদা চীং-তমগী ইপাচাশিংনা ঙাওমিন্নরকপদু মতম পুমলোই লোইবমক্তি নৎত্রি। নুংগী লীপুন হেন্না চেৎনবা অনৌবা য়াকাইরোল পুন্না শকমিন্নশি হায়রবদি মদুগী ময়েক অদু কম্মন হেরিটেজনা ওইগনি। অহোংবা অমনা য়াওল ওইদুনা শম্নফম পীবা চুম্মী। ❑

# রিপব্লিক ডেগী পাউজেল ?

ইং ১৯৫০দা দিমোক্রেসি, সেক্যুলরিজম অমসুং ইকেলিটিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইন্দিয়ান কনষ্টিট্যুসন ইবা লোইদুনা চৎনবা হৌখি। লম লৈজদবা লৌমীশিংদা লাঙ্গোল পায়বনা মপু ওইজৌ হায়বা খোল্লাউ পীখি। লায়রবা মুখৎকনি হায়না সংবিধান্না ৱাশকখি। মহে মরোং ওক্লবা পান্দম তৌখি। লাইরিক হৈবা হৈতবা মীওইশিংদা থবক পীনবা ইন্দষ্ট্রি লিংবগী পান্দম তৌখি। ডিমোক্রেসিগী মরুওইবা য়ুম্ফম ওইরিবা লাইরিক হৈহনবগী চাং চহী ১০গী মনুংদা চাদা চামদা পান্দমকি।

অদুবু ঙসি ফাওবগী মনুংদা পাঙথোক্লিবা থবকশিংদি নীংবা কায়বগী মশক ওইরি। ভারতকী অপুনবা মীশিংগী চাদা ২০দি লাইরবা ওইদুনা কৈথেলদগী মরূ মরাং লৈবা ঙমদনা লৈরি। ময়োল্লমদা ইন্দষ্ট্রি য়াম্না লিংলে, চাওখৎলে। মরূওইবা স্কিমশিং পাঙথোকপা ঙমখ্রে। অদুবু ঙমখৈ লমদমদদি কদায় ! অদুগা ভারতকী ওইনা থবক ফংহনবগী ৱাশক ঙাকপদি ঙমদ্রি। চহী ১০-১৫দা ফংহনগনি ৱাশকখিবদু ঙসি চহী ৫০ হেল্লফাওবদা ঙমদনা লৈরি।

চহী ১০গী মনুংদা চামদা চামা লাইরিক হৈহনগনি ৱাশকখিবদু ঙসিদি হেন্না হেন্না লাপথোরক্লি। রিপব্লিক ডে য়াষ্খেরক চৎস্ত্রবসু অপুনবা মীশিংগী চাদা ৩৫ অমসুং ৬১না মথংশিংনা নুপা অমসুং নুপী লাইরিক হৈতবা ওইরি। লাইরিক হৈবা প্রজাশিংনা মীহুৎ খন্দুনা ডিমোক্রেসিগী মায় পাকপা য়ুম্ফম ওইরিবনি। মরুওইবা ৱাফমসি নাথৈহন্দুনা লৈরি। নীঙতম্লবা ভারতকী খ্বায়দগী চাউবা মায়থিবদি মী পুম্নবু লাইরিক নীংথিনা হৈহনবা ঙমদবা অসিনি।

কাঙলুপ নাইবা অমসুং জাৎ ধর্ম খায়বসি ভারতকী খুন্নাই অমসুং রাজনিতিগী লৌবুক্তুগী পুমলৌ লৌথোক্নুনা অচৌবা ভারত জাতি অমা শাগৎনবা সংবিধান্না চেৎনা ৱাশকখিবনি। হায়রিবা জাৎ ধর্ম খায়বা, কাঙলুপ নায়বা অসিনা ভারতনা ইমুং অমত্তংগী ওইবা মান্নবা খুন্নাই শাগৎতুনা মাঙদা চৎখৎপগী থবক্তা ওইথোকপগী ৱাফম উবা ফংদ্রি। অদুবু চহী ৫০ হেল্লবা ফাওবদা হন্থবগী মহুত্তা হেনগৎলক্লি। লাইরিক লাইশু হৈবা মীওইশিং অমসুং খুন্নাইগী লুপশিংনা মসিদগী ওইরক্কদবা অমাঙবা অসিগী মরমদি মীয়ামদা পাক্তক্লনা জ্ঞান তাহনবদা মায় পাকপা ঙমদ্রি। খুরৌ কোঙ্গোই অসি কোক্তনদি লৈবাক অসি ৱাহস্থোক লৈনা মাঙদা চৎখৎপা ঙমফম থোক্তে। হৌখিবা চহী ৫০ হেনবগী পোলিটিকেল হিষ্টরি য়েংলুরবদি কাঙলুপ নাইবা জাৎ ধর্ম খায়বসি রাজনিতি তৌবশিংগী খুৎ ঙাক্তা ওইরম্মী। ৫০রক হন্না ৱাশকস্ত্রবা সংবিধানগী অচৌবা মায়থিফম অদু মফমসিদা লৈরে হায়না অখণ্ড অহে কয়ানা থম্মোয় শোক্লা পন্নরম্বা লৈরি। খ্বাইদগী নুংঙাইতনিংঙাই ওইবদি পব্লিক লাইফকী থাক অসি য়াম্না হন্থখিবা অমসুং মদু লুচিংবশিংগী মগুন্দা য়াওবা উরক্ত্রিবা অসি অরুবা অমনি। খুসৱান সিংহনা হায় ঃ *"পন্দিটজিগী মতুংদা শাস্ত্রীনা তেল্লবা মতেক অমা পুখরম্মি, অদুগা মাগী মতুংদদি পোৎ খুদিংমক চীঙগী লোকখাদা চেন্থবা হৌরকস্ত্রে - মপুংফানা।"*

হিংহৌরিবা ঐখোয়না মীৎমক্তা উজহৌবদা, অমুবা আইনগী য়োংকী ফুরিং শৎলিবা লোইলম লৈঙাক অসিনা চত্থরিবা মীওৎ-মীনৈগী অৱা চৈথেং নংলবা মফম-মফমশিংদা ইমানা চঙশিন্দুনা মীওৎ-মীনৈ থেংননবা হোৎনরকখিবা, মিটিং কয়াদা ৱা ঙাঙদুনা এৱার্নেস কেম্পেইন চত্থরকখিবা, মীয়ামদা থৌনা পীরমখিবা, লম্মুক্লরবদা লম্বী তাকপগী মওংদা আইনগী য়ুম্ফমদা অমসুং অপূনবা শক্তমগী য়ুম্ফমদা লেপ্তুনা ৱা ঙাঙবিখি,, অৱা-অনা নংলবশিংগী মতেঙ পাঙবিরমখি।

মশাগী চহী ৭৫ শুবদা পুন্সি লোইখ্রবা ইমা কোম্বীনা হিংলিঙৈদা পাঙথোক্লম্বা শীঙথানীংঙাই ওইবা থবকশিংদি ; (১) নহারোলশিংনা ময়ায় কাবা নিশা য়ু, দ্রগনচিংবা শীজীন্নবগী মায়োক্তা, (২) মীওইবগী হক কনবগী, (৩) মীওৎ-মীনৈ চত্থরিবা লৈঙাক শাশনগী মায়োক্তা, (৪) ঙমখৈ ঙাকপগী ৱাফমদা চীংমী-তম্মীগী থম্মোয়গী লীপুন চেৎহন্নবা, (৫) মণিপুরি মীয়ামগী তুংলমচৎ লৈহল্লিবী মৈরা পায়বী ঈহৌ কনখৎনবা হোৎনবা অসিনচিংবনি। ঙমখৈ ঙাকপগী মতাঙদদি ইমাগী ৱাখল্লোন অসি মীচম মান্দে। মীৎয়েং য়ামনা শান্না য়েংবগী থাক্তা লৈখি। চীং-তম অনীগী মীয়াম্না ঈ অমত্তগী মচিন-মনাওনি খঙনা পারী-পুরীগী খোঙ্গুল লীমিন্নরবদা ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম ঙাক্তুনা লৈখিগনি হায়না ইমানা চেৎনা থাজখি।

ইমা কোম্বীনা পুন্সিগী অরোয়বা মীৎকুপ ফাওবা শম্নখিবা শিন্থাদি মৈরা পায়বীনি। ইমাগী তাঙলবা পুন্সিনা পীরম্বা খুদোলসু মৈরা পায়বীনি। ঈহৌসিদা মাঙজীল থংনা হোৎনদুনা মীওৎ মীনৈ থেংননবা হোৎনখিবা অসিনি। মীওৎ মীনৈগী লাল্লোং অসিবু থেংননবা হোৎনরকপদা ইং ১৯৮৫ আগষ্ট ২৫ দা "পোইরৈ লৈমরোল মৈরা পায়বী অপূনবা" কৌবা লূপ অমা মহাক্না প্রসিদেন্ট ওইদুনা লিংখৎলগা মণিপুরগী অতৈ মফমশিংদা লূপ অসিগী মশা-মরেঙশিং শন্দোরকখি। "মৈরা পায়বী নুমিৎ মে ২৮" ওইখিবা অসিদা ইমাগী চাউরবা থৌদাং লৌখি। নুপী লানগী লীক্লম শম্লনবা ইমানা পায়খৎলম্বা মৈরা পায়বী ঈহৌসি ঙসিগী য়াম্না মরু ওইবা ইনষ্টিট্যুট অমা ওইহৌরে। নিও-কোলোনিএল লৈঙাক সাসন অসিগী মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা লাম্থেং পীদুনা মীওৎ-মীনৈ লৈতবা খুনাই অমা শেম্নবা হোৎনরম্বা ইমানা লমজীংলম্বা মৈরা পায়বীগী শক্তি অসি নোংমা নোংমগী মথৌ হেল্লক্লি, মসিগী ৱাহন্থোক লৈরক্লি। লোইলম লৈঙাকপশিংগী চত্থরিবা মখোয়গীদা ওইবা মীয়ামগী য়েংদবা লৈঙাক্লোন অসিনা পীরিবা পোৎলুমশিং অসি থাংথনবা হোৎনবগী ঈহৌ অসিমক অওনবা মণিপুর অমা পুরক্লবগী পান্দম্মি, মণিপুরি জাতিগী পান্দম্মি। মতমগী খোংলৈনুংদা মৈরা পায়গী ঈহৌ ঙসিদি অওনবা অমদি তুংলমচৎ লৈবা মণিপুর অমা পুরক্লবা মণিপুর মীয়ামগীদমক্তা তল্লম্বা খুদোল অমা ওইররে, ইমা কোম্বীনা মসিগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইহৌরে।

মহাক্কী ৱাখল্লোন্দা অথুপ্পা জাতিগী অশানবা মীৎয়েং অমা য়েংখিবগী খুদম ফংঙি। খোঙচৎ অসিনবু লেপত্রবদি, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ফংফম থোক্লবা পান্দমফম অদুদা ৱাখল মীৎয়েং তোখাইনরবদি কান্নরোই হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। অয়াম্বা মীফমশিংদা,

মীওই থোরক্লি। কনবিগনি আশা তৌরম্বশিং মমৈদদি ঈচেলদুগা মরী হেক হেক শমজিন্নবগুম তৌরি। হীরম খুদিংমক্তা য়েংলুবদা মণিপুরগী অঙাংশিং অসি চাউরক্কনি খল্লুবদা অৱাবা ওইনরে। মরমদি খুন্নাই অসিদা মী অচংবা অফবা য়োকখৎতুনা ইজ্জৎ লৈবা লৈবাক অমগী মীশক অমা ওইনা হিংফম ফংহন্দ্রি হায়বদি মখোয়না হয়েং চাওরক্লবা মতমদা উগনি। মতমদুদা মখোয়না নীংবা কায়বা, খোয়রাঙ খোইশাওনবগী সিম্বোল ওইদুনা য়ুমদগী মপাল থোরকপা তারকই। মদুনা পুৱারীগী পাউখোং ফোঙবগুম ওইরকই, লমদমসিগী চৎনবী ওইরকই।

ঙসি নোংম কাঙদনা মফমসিদা মীশি মীনা থোক্লিবা, ওৎ নৈরিবা, ইজ্জৎ মাঙহল্লিবা, মীওইবগী হক মাঙহল্লিবা অসিনা লমদমসিগী ঈশৈ ওইরি। মীওইবগী পুন্সি কৌবনা তংদু লৈতাদনা লৈহল্লিবা লমদম অমা ওইহল্লি। তশেংনমক মসিবু কনাগী খুদোলনো ? পুম্নমক অসি রাজনীতি তৌবশিংগী খুৎশেমনি, পুম্নমক মখোয়গী দায়ত্বনি। ভারতনা মণিপুরবু মওং চুমদনা লৌশিনখি, মতুংদা লোইলম লৈবাক অমগুম য়েংলক্লিবা, ঙসি ফাও অদুগুম্বা মীৎয়েংদগী হোংদোকপা তৌদনা অদুম য়েংলি। ঙসিসু লৈঙাক ৱায়েল্লিবা মন্ত্রি মকোক্লা অদুঙৈ চহী ৭ খুন্তাকপা মনুংদা অৱা য়ানবা চৎপা নিংথৌগুম ইকাই ইকি লৈতনা পাল্লি। মশানা ঙাঙথোকখিবা ৱ ঙাকচববু ঙমদ্রি। মীশি-মীনাগী চৈথেং ফংখ্রবা মরোয় মনাওশিংবু য়েংশিনবিবা, কনবিবা ঙমলোইদৌরি। মসিবু লৈবাক য়াইফনবা লৈঙাক ৱায়েল্লা ?

মসিখক্তনা মণিপুরগী অৱাবা লোইদ্রি, হৌবদা ঙাইরি। লৈরি ষ্টেটকী লৈঙাক ৱায়েল মবুক চুমদবগী অমসুং ষ্টেট শেন্মীৎলোনগী, কাঙলুপশিংগী মরক্তা নুংশিনদবা থাজনদবগী। লৈরি, এনএসসিএন (আইএম)গী শান্তি ৱারীদা এন্টি-মণিপুরগী লাল্লোং তৌরকপা। ভারতকী লুচিংবশিংনা মদুদা তোংশিল্লগা চথুরকপদা কয়াদা খুদোংথিনিংঙাই ওইরিবা ? মপু য়ানবা চৎলিবা লৈঙাকপশিংনা কয়াম ফীভম চেৎনা লেপ্পা ঙমগদৌরিবা ?মণিপুরগী ঙমখৈ কায়রকপগী ফীভম লাক্লবদি, মদুদা ওইরক্কদবা অকিবগী শক্লোন। নিংদোল পোম্ন। খোইরাং খোইশাওনরবা ঈরৈচাশিংনা মদু য়েংদুনা লৈবা ঙমলক্লোইদবা ! চহী লীশিং অনী হেন্না মনীংতম্বা পুৱারী লৈজরকপা মণিপুরী জাতিগী শক্তমদা ওইথোকপা য়ানা য়োৎশিনবা ঙম্নরোইদবা চহী ৫০দা ঙাইরিবা রাহু কেতুনা গ্রহন লাকহনবসিবু উনা উনা য়েংনা য়েংনা করম্না লৈবা ঙমগদৌরিবা !

শক্লোন খর অসিনি, হে! রিপব্লিক ডে! নোংমৈ য়াম্না কাপ্পখক্তংবু নংনা থৱায় য়াওনা তাবিরগা নোংমৈ কাপুবা শান্তিগী খোল্লাওবু থওইদবা লোইলম লৈঙাকপগী নরমচৎ অদু তোক্লো। চীঙলৈবাক মচা অসিসু নঙগী ঈণ্ডিয়ান অমনি খল্লবদি, থবক চুম্না তৌরকউ, মতমদুদা মখোয়সু ইণ্ডিয়ানগী লৈহাওদা চুশিন্নরকফম থোকই। খুৎলাইনা মতম চুপ্পগী নমথবা ওইথোক্লোই হায়বসি নঙগী পাউজেল ওইগদবনি। ❑

# মাশেমগী হীদাকমনা শীজিন্নদবা

## নুমিৎ মে ৩১

হীদাক মনা শীজিন্নবা অমদি চুরুট থকপনা হকচাং শোকহল্লি অমসুং মতম চাদনা পুন্সি লোইশিল্লি হায়বা খঙনরবসু মদু অমুক্তং হৈনরুরবদি তোকপা ঙম্মদে। অমাঙবা কয়াসি মুন্না খঙলবা মতুংদা, নিশাসিদগী তোকচরগে হায়না ফিরেপ লৌবা কয়া অমা য়াওই। মদুবু প্রাক্টিকেল ওইদবা নীয়ম শীজিন্নদুনা চত্থবা মরম্না মায় পাক্তবনা অয়াম্বনি। থোইদোক্না হরাও কুম্মে পান্না ঐখোয়গী মীয়াম্না হেন্না ঙমদে। মসি সঙ্গগী মখা য়াম্না পোল্লি, মরুপ মপাঙশিংদা খঙহনবা য়াম্নমক তঙাইফদে। *ৱার্ল্ড হেলথ ওর্গেনাইজেসন (দব্লিউ ঐচও)*গী চেরোল অমদা নেশা শিজিন্নবদগী তোক্লবা পাও-তাক পীরি। মদু থোইদোক্না প্রেক্টিকেল ওই। নিশাদা লুপ্পুরবা কয়া অমা সিষ্টেম অসিগী মখাদা মায় পাকখিবগী রেকোর্ড লৈ। তৌগে হায়নবু চপ য়ুংনা লেপ্পবদা অচুম্বা মেথদ অসি শীজিন্নদুনা মায় পাকখিবা রেকোর্ড কয়া লৈবি। নিয়ম চুম্বা মেথদ অসি পুথোকপিরকপা *দব্লিউঐচও* শীঙথাবা য়াই।

ঐখোয়গী খুনাইগী লাইবক থীবা তাক্কক অমা লৈরি। ঐখোয়গী থৌদোক থৌরমশিংদা জর্দা অমসুং চুরুট য়েনবা অসি সমস্যা ওইরে। লুহোংবা, হৈজিংপোৎ পুবদা লৈশাবীগী চানবা জর্দা য়াওহনবসি চৎনবী ওইরি। ইপান থাবদা জর্দা মথেল য়াওরি। চাকচা হৈজানবা অমসুং মীতৈগী থৌরমশিংদা চুরুট জর্দা য়েনবা তেয়না উরি। নুপীমচাশিংবু জর্দা হৈনহনবসি য়াম্না ফত্তবা চৎনবীনি। নিশা থাদোকচরগে হায়না ফীরেপ লৌজবা কয়া অমা লাংসিদা অমুক হন্না থুই। পীক্লিবা নুপীমচাশিংদা জর্দা হৈনহনখিবদগী হয়েং মৌ ওইরবফাওবা তোকপা ঙমদবা কয়া লৈরি। মৌগী থাক্লা নীঙতম্বা হেনবগা লোয়ননা মদু শীজিন্নবা য়াম্না হেন্নরক্লি। চিঞাক্না মীওইবগী পুক্লিংবু ঈথিল পীবা মরম্না নেশাদা লুপ্পবী মৌ অমনা ৱাখল অনী লোঙদনা য়ুম পানগনি হায়বসি অরুবা ৱারি। অসুম্না নুপা মচাশিংসু লাইরিক লাইশুদা থৱাই লুপ্পস্বদু মনিং হল্লক্তুনা হরাও কুম্মে পাম্নবগী মরম ওইরকই। মদুগী মরমদি, মীতৈগী হরাও কুম্মেদি নেশাগা শাগোন্নদুনা লাকখিবনি। খুন্নাই অসিনা থৌদাং লৌফম থোকপা য়াম্না চাউনা লৈরি। মহৈ মশিলগীদমক মীরৈবাক্তা তম্বা চৎনরিবদি মসিগী মরম অমসু য়াওরিবনি।

হীদাকমনা শিজিন্নবনা লায়না ২৫ নাহনবা য়াবা মরম লৈ হায়না মেডিকেল সাইন্সকী প্রমান লৈ। মীওইবগী হকচাংদা অসুক শাথিনা মাঙহনবা ঙম্বা অতোপ্পা অমা লৈতে। *ৱার্ল্ড হেলথ ওর্গেনাইজেসন (দব্লিউঐচও)*না হীদাক মনাগা মরি লৈননা শিবা মীশিং অসি চহীদা লাক্ষ ৪০নি হায়। সেকেন্ড ৮ খুদিংগী অমমম শি হায়রি। ভারত্তা

লৈবা মণিপুর খুনাইগীদমক্তদি অচৌবা চন্নফম লৈ। নুপীগী লাইরিক তম্নবা *নিম্ন প্রাইমারি স্কুল* লিংখৎখিবা অসিদা নত্তনা নুপীশিংনা ড্রামাগা তৎন-থানবা য়াদে হায়বগী মওংদা *য়াইস্কুল নুপীমচা স্কুল ড্রামা পার্টি* লিংখৎখিবা অমসুং ড্রামাগী স্ক্রিপশিং অয়াম্বনা নুপীগী মিং থোনবা অমদি, নুপী ঈহৌগা মরী লৈননা অয়াম্বা ইরকপা অসিনা তাকপদি মহাক্না মণিপুর পুব্বারীদা নুপী ঈহৌ শাগৎলম্বা রিবোলুসনরি লুচিংবনি।

অঙাংহলনা হীন্দু পুন্সিরোলগী ঈচেলদা মশা খঙনা ঈরোয়রন্নবসু, মহাক্না পামজবা নুপীগী ফিদমদি হীন্দু নুপী নত্তে। লানগী লাইরেম্বী দ্রৌপদি নৎত্রগা, মালেম লৈমগী লাংওল ওইরবী মপুরোইবা অষ্টদেবগী খুয়াগী উফুল মকোক্তা হাপ্তবা য়াদবী সিতাদু নত্তে। মদুনা খুনাইসিদা চন্নফম লৈতে, জাতিগী ওবজেক্টিব ওইবা পান্দমদা তুংলমচৎ লৈতে হায়বা মহাক্না খঙখি। লমদমসিগী তোপ তোপ্লা ঈশিং নুংশিৎনা শাগৎখিবী থৌনা ফবী, অকি-অখঙনা লাঙ্গোয় চনঙমদবী, নুপানা খুল্লিংবা খুনাইনা নমজা নমথেক্লরকঁপা ফাওবা শীঙনবা ঙম্বী পাম্থোইবী/লাংওন থোইবীবু মীতে চনুগী মোডেল ওইহন্দুনা নেসনেল করেক্টর শাগৎলি। অসুম্না মণিপুর পুব্বারীগী লীক্লমচৎ ওইরিবা নুপী ঈহৌবু মোর্ডনাইজদ ওইবা মওংদা চত্থবা হায়বসি মণিপুরি জাতিগী ওবজেক্টিবনি। জাতি অসিগী তুংলমচৎ লৈহন্নবগী পান্দম তৌবা মণিপুরি নেসনেলিজমগী মরুওইবা ঈচেলনি।

মতমদু ইণ্ডিয়ান নেসন ষ্টেট ফাওবা শাগৎপা লোইদ্রিবা মতমনি, বৃটিশকি মীখা পোন্না লৈরিবনি। নীংতম ঈহৌগী লুচিংবা রিবোলুসনরি গান্ধী অমসুং রবিন্দ্রনাঠকি ফিদম মহাক্না পান্নবসু ইণ্ডিয়াবু মমা লৈবাক্কি হায়বগী ফোংদোকখিবা ইঙ্গিৎ নৎত্রগা ব্রাহৈ অমত্তা থেংনবা লৈতে। তশেংনমক মহাক্কী মমা লৈবাক্তি মণিপুরনি।মতমদুগী সংস্কৃতাইজেসন ক্লাইমেক্স যৌরিঙৈদা মীতৈ খুনাইদা মপূঙ ওইনা বৈষ্ণব ধর্মনা মপাম্থোংগী ওইবা ফজবা মচু শঙদুনা লৈরম্বা অমসুং মদুগী চূশীল্লবা পুন্সিগী মশক অদু মহাক্না পামজরবসু মহাক্কী মমালৈবাক্তি মণিপুরনি। মহাক্না হায়, "মমাবু নুংশিবা খঙদ্রবা/মরৈবাকপু নীংদ্রবা/মচা মনাও য়েংদ্রবা/কৈদৌনি পৃথ্বি লুম্নবনি/তুংগী কৈসু উদবনি .......।" গান্ধীগী স্বদেশি ঈহৌ পামজরবসু মহাক্না মীতৈরং শেৎখি। মীতৈরং পাম্নহন্নবগীদমক্তা দুকান ফাওবা হাংদোক্কুনা কন্না হোৎনখি। মণিপুরি মজাতিগী ওইবা ব্রাখল্লোন শৌগৎপদা নত্তনা শেনমিৎলোন্দসু মীৎয়েং থমখি। "চীংদাই পখুল্লি/মেন্দো নিংথৌ/নুঙ্গায়রক্তা ওংবী লৈ ......." হায়না লশিং লৈবু শৈথাদুনা লশিং ফিগী ঈহৌ পীরম্মী।

বৈষ্ণব ধর্মনা লূপ্না শঙজীল্লবা পুন্সিরোলগী মচু অদুবুদি মহাক্না পান্নবসু মহাক্কী পুন্সিগী ফিদমদি মমা লৈবাক মণিপুরগী নাৎ অমসুং শেন্মিৎলোন য়োকখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি হায়বসিদি লাল্লরোইদবা ব্রাফমনি। অঙাংহলগী পুন্সিগী মীৎয়েং, ফিজেৎ-চাকচা, লমচৎ -শাজৎ, ব্রাঙাঙ-শঙাঙ পূম্বা মীতৈগী চপ চাবা মশকনি। মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংদা মীতৈ জাতিগী এঠিকেল ভেল্যুজকী ফজরবা মশক

এডিটোরিয়ে)। অদুম ওইনমক য়ামদ্রবদা বিহারদগী চহীদা মোন লাক্ষ ১, মাদ্রাজনা মোন লিশিং অহুম কোলকত্তাদা থাজিল্লি হায়রি। হীদাকমনা লৈরিবা খ্বাইদগী মরুওইবা লৈবাক্তি ম্যানমারনি। চাংচৎ অমা ওইনা চহিদা ম্যানমারনা পাউণ্ড ক্রোর ১.৪০, ফ্রান্সনা পাউণ্ড ১৯,০০০০ লৈখ্রবগী মতুংদা লেমহৌরিবা তঙ্খায়মুক অদু হীদাকফু লিংলগা থকপা বেঙ্গলদা শীজিন্নে হায়রি। অদুবু হৌজিক্তি মালেমগী ওইনা চুরুটকী মচাক হীদাক মনা পুথোকপা অসি থিংনবা ভারতকী দ্রাফ বিল লৈরে। মদুদা গোৱা, পঞ্জাব, য়ুপি অমদি নোংচুপ বেঙ্গলনা অয়াবা পীনখি। ভারত্তদি ঈহৌ অসি খোঙ থাংদোকপা হৌফাৎত্রি। চুরুট পুথোকপা, য়োনবা অমসুং এডভর্টাইজ তৌবগী মরীদা আইন শেম্বা অমত্তা লৈত্রি। ইং ১৯৭৫গী সিগরেট এক্ট অদুদি ষ্টেচুটরি ৱার্নিং পীবখক্তংনি : "*চুরুট থকপা হকচাং শোকই*" মাঙ তাক্লিংঙাই ওইরবা হিদাকমনা পুথোকপগী মীচংদা আইন অসিনা সরকারবু চেন্নহল্লি হায়বদা করিবু লানগনি।

য়ুকেদদি হীদাক মনানা শোকহল্লবা অনাবশিংনা কোর্টতা চত্তুনা চহী ২৫ চুপ্লা ৱাকত্তুনা লাকখিবা কেশ অদুগী মরীদা য়ুকে টুবেক্কো কম্পনিশিংনা পাউণ্ড বিল্লিয়ন ১৫৩ ক্ষেতিপুরন ওইনা পীরগে হায়না য়ানখিবা লৈরে। ভারত্তদি চুরুট থকপা অনাবশিংনা খঙদবদগী ক্ষেতিপুরন তানবা হৈত্রি। মালেমগী মমিং লৈরবা ব্রাণ্ড শুংলিবা *বিএটিনা* অনৌবা মখলগী চুরুট অমা পুথোক্লে হায়রি। চুরুটকী নিকোটিন্দা য়াওরিবা কেন্সর পোকহন্নবা *নাইট্রোসেমাইন্স* মাঙহল্লি হায়বা চুরুটনি। মসি চাংয়েং ওইনা কৈথেলদা থুনা থোরক্লগনি হায়রি। মসিগী মরমদি হীদাকমনাগা মরী লৈনবা মী শিবা হস্থনবা মালেমগী ঈহৌগী মখাদা মাগী মাগী সরকারনা তকশিল্লকপা অসিগী পাওখুম ওইনা চুরুট কম্পনিশিংনা মখোয়গী কৈথেল মাঙখিদনবা চথরকপা লাল্লোং অমনি। ঈহৌ অসিনা মরম ওইদুনা মালেমগী লৈবাক ৯১না চুরুট থকপা থিংবগী আইন শেমখ্রে। ভারত্তদি হীদাকমনানা পীরিবা শেন্মীৎলোনগী মরীদা থিজিন্নবা এক্সপার্ট কমিটি শেমখিবদা ঙায়রি। মসিদা লো কম্মিসনসু চেন্নরি।

হৌজিক্তি লায়না পাল্লবা মীয়াম্মা অমদি খুন্নায়গী লুপশিংনা সরকারদা তকশিন দুনা হীদাকমনা থাবদগী তোক্লবা মতম ওইরে। মসিগী মাঙওইননা মীতৈগী থৌরমশিংদা হীদাক মনা শীজিন্নবগী কেম্পেইন তৌরিবা অসি তোকপা মতম ওইরে। ঐখোয়গী লুচিংবশিং, খুনাইগী লুপশিংনা য়েংদুনা লৈবা মতম নত্রে। ❑

# লমতা থাঙজগী পাউজেল

অহোংবা অওনবা হায়বসি মহৌশা ইমাগী চৈখেৎপী আইন্নি। থবায় পানবা-পান্দবা পোৎ খুদিংমক হোংদুনতা লৈবা ঙাক্লি । কনাসু করিসু হোংদনা লৈবা ঙম্লক্তে। অহোংবনা ফবা য়াই, ফত্তবসু য়াই, চাউখৎ খোঙথাংগী গুনশিং ফংলকপা য়াই, নৎত্রগা হন্থরকপা লৈখা তারকপসু য়াই। অরীববু অনৌবনা মহুৎ শিনবা, অরী-অনৌ লিলাগী লেপ্পা লৈতনা চখরকপা লোম্নাইদ্রবা খোঙচত্তা পুখরিবা তাইবঙগী নিয়মনি। মসিদা য়েলহৌঙৈগী মচাকশিং কায়থরকপদগী থোরকপা অহাঙবা বেকম অদু অনৌবা মতমগী পুক্সি মরেলনা মফম মেনশিল্লুবগী অকায়বা মহয়দু চারোল শুরোলনা ফংনরি। মসিনি অরুবদি। অহাংবা মফম অমসুং মতম অনিমক্তা মতাং চানা অমগা অমগা মনুং থিংনা উননহৌদ্রিবমখৈ অওনবগী মশক চুল্লোই। হোয়, মতমদু চৎপ্রবসু করিগুম্বা মতাং অমদা মখোয় অনি অমুক হেক হেক উন্নরে। হৌদোকমিন্নরকপা মতমনা লাপথোকপ্রিবমখৈ তাইশিন্নবা য়াবগী খুদোং চাবা হন্থরকই। চুম্মী, অরী-অনৌগী ময়াইদা অকক্লবা লৈই চিংবসি লুখ্রবা ৱানি। অরীবগী মথক্তা অনৌবনা মরা তাশিন্দুনা পাম্বী ওইনা হৌখ্রবা মতমদা অরীবনা শকফম ওনখিদুনা মশক মশা খঙনরক্তবগী ৱাফম ঐখোয়না থেংনরি।

মৈত্রবাক্তা য়েলহৌঙৈদগী পাঙথোক্লরকপা লমতা থাংজগী ঈনাৎ মতম খরা শিথরুরবা মতুংদা ঙসিদি নৌহৌনা পাঙথোক্লরি। অনৌবা মহাও য়াওনা য়োকখৎনরক্লি। মণিপুর পন্দিট লোয়শঙনা খুরাইপুঙ, খ্বাই ৱাংথোম্বীপুঙ, কোংবা শৌদোনপঙ, অমসুং ককৱা লমদাইপুঙদা কুমশি চহীগী খুনথোঙ লাৎতুনা থৌনিখি। লৈশেমঙৈদগী হৌনা মৈত্রবাক্কী য়েক শলাইগী চীংমী-তম্মীশিংনা লমতা থাগী অহানবা থাংজদা শরোই খাঙদুনা *তিনমু লাইমু তাইবা* চৎনরকই। থৌদোক অসি পোইরৈতোন খুম্ভোক্ত্রিঙৈগী মমাঙ লৈনুঙ লোঞ্জা পাখঙবা মতমদগী চৎনরকপনি, তম্পাক লৈহৌ মাইবগী মতমদগী চৎনরকপনি হায়রি। লাইফম মরিসিদা ঈরাৎ থৌনিরোল পাঙথোক্লগা লৈবাক মরা তপ্লি, পুন্সি নুংশাঙ্গিঙ হায়না থাজনরম্মি। লমতা অহানবগী থাঙজগী য়াচঘবদা *খুম্ভোং লাৎপা* থৌরম পাঙথোকপসি কবুই, তাংখুল, চোথে, অনাল, কোম, মরিং নচিংবা মণিপুরগী চীংমী অয়াম্বনা চৎনরকই । চৎনবি অসিদদি চীং-তমগী খেৎনবা লৈতনা অমত্তা ওইরল্লি। মসি অপুনবা শক্তমগী মরূ ওইখ্রবা লীপুন ওইরি।

লৈকাই খুলগী য়ুমথোঙ খুদিংদগী মনা-মশিং পোৎলম খায়রগা শরোই খাঙদুনা তিনমু-লাইমু তাইবা চৎনরকই। শরোইলোন তাবদা নুংঙোন্নিংঙাইনি : *হে গুরু! অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা লাইয়াম খুন্দা অহানবা নোংথৌ মউ লিংবচীঙ, চাইথরকপা লায়জনা তময়া চোন্না পামফারিবা নশানৌ ইবেম্মা খোয়ম কৌনু লাইরেম্মা, নপারী শক্লা*

*শাঙ্গোল্লিবা লোয়ারাকপা লানজিল থৌবা লেমলৈরাকপা, লৈশোংপানবা নহারাকপা তোলোংখোনবা, হাউমরক্কী কম্বকাবা ৱাইরং শামাং লেপ্পা হুইয়েন লাঞ্জং থৌবগা নমোম ইবেম্মা থৌদু নূংথেল লৈমা, সনা খান্না পানবী থৌদু চেংজা নুংলাইখোম্বী ঈরোকলৈমা তাইবোং ঙানবীগা চীংঙু খোয়ম মরিমক্কী ঙাংলৌ খুয়াখাদা শীংঙেল লৈরাং কৎচরি তাওজিং হৈরাং কৎচরিএ।* অসুম্না শরোই ৬১গী অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী মফমদা ঈরাৎ থৌনিরোল কৎপা অসিগুম্না খানা চাওবা ৱাঙব্রেন অমসুং শরোই ৬১গী মফমদা হৈকৎ লৈকৎ, চাকথা তম্বগী নুংশিরবা শরোইলোন লৈখ্রি। শরোইলোনগী ৱাংখ্রবা ৱাংঙুলোন অসিদংনা লৈবাক্কী অপুনবা শক্তমদা করিগীদি শাফু পীরম্লোই। খা অমসুং অৱাংগী শক্তি চুংশিন্নদুনা শক্তি শাগৎলম্বা ঈরৈবাক্কী লৈঙাক্লোন কয়াদা মগুণ লৈরমখ্রবা! শরোইলোন অসি অৱাংবা থাক্কী লৈঙাক্লোন অমনি, পোলিসি পেকেজ য়াৎপগী কেলেন্দর ফঙ্কসন অমনি হায়বসু য়াই। পুৱারীগী থেক খোয়রবা তোরৈনুঙদা শরোইনা লৈখা তাখিবা ৱারী লাইরিকসু লৈরি। অদুঙৈ মোইরাং কংলৈরোনগী হেঞ্জুনহানা লমতা থাংজগী অহিংদা মশাবী লাইরৌলেম্বী উন্নবা লাকপদা শরোই-ঙারোইশিংনা হাৎখিবগী শৈশক্করি।

হন্দক্কী লমতা থাংজসিদা *মণিপুর এসোসিয়েসন ফোর সাইন্স এণ্ড সোসাইটি (মাশ)* না ঈনাৎকা মরী লৈনননা লিলোংগী ইম্ফাল তুরেল অমসুং ঈরিল তুরেল ঈতিন্নফমদা ঙামু ১০০ থাদোক্তুনা লাইশোন তিনশোনগা লোয়ননা থৌনিখি। মণিপুরগী ঈশিং তুংবা মফমশিংদা ঙামু থাদোকপগী মরিদাএ.সি.লাইচানা ইবা লাইরিক মচা *এন ইন্দিজেনস ত্রেদিসন : সেরিজ ৱান* পুথোকখি। ঙসিগী ওইরক্লিবা মহৌশাগী অকোয়বগী ফিভমদা শাথিনা কায়রকপনা মীওইবা ঐখোয়সি করম্না হিংগদৌরিবনো হায়বগী অকিবা ফাওরক্লবা মতমসিদা ঐখোয় পুম্নমক মহৌশাগী শক্তমগা নকশন্নহনবগী (নেচরেলাইজেসন) ঈহৌ লাকপগা মরী লৈননা পাঙথোকপা থৌরমগী শরুক অমা ওইখি। ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎথরক্লিবা উমং লাই লাৎপা, উশিন তৌবা, তু খোঙ তেংবা (তুতেংলোন) অসিনচিংবা নাৎকী লিক্লমশিং লুপ অসিনা মখাতানা চৎথরক্লি। ঙসিগী মালেমদা খল কায়থরক্লিবা অসিবু কনবা ঙমগদবা পাম্বৈদি কলচরগী মচাকশিং অসি খুন্নাইগী কান্নবা হিরমদা চিংশিনবা ঙম্লবদতা মায় পাক্কনি হায়বসিনি। সোসিয়েল য়ুটিলিটি লৈত্রবদি কলচরদু মুৎখিগনি, মদুদি মীওইবগী সেবা অশেংবা নত্তে হায়না *মাশ* না থাজৈ হায়বসিনি। লুপ অসিগী পান্দমনা ফোরেষ্ট লোযশঙ, ইরিগেসন লোয়শঙ, কলচর লোয়শঙনচিংবগী থবক *মাশ* না নিয়ম চুম্না তৌরি হায়বা তাই। ইপা-ইপুনা থম্লম্বা ঈরাৎ থৌনিবদা য়ুম্ফম ওইরগা মহৌশাগী খুৎশেমগা নকশিন্নবা য়েলহৌঙৈগী ঈনাৎ অসি ৱাফম অসি বিজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংনি।

লমদা থাংজগী নাৎতা য়াওজবা গুনশিং লেম্না মাংবা য়ারক্তবদগী বিজ্ঞান্না ঙাক্লৌ পীদুনা হিরমসি লৌখৎলকপনি। মসি অরী-অনৌ উন্নফম্নি, অওনবগী খোংহৌফম্নি।

ঐখোয়না মখা শাংথনা হিংবা পাল্লবদি মিৎয়েং খুবা পুন্সি মহিংদু হোংদোকপা চঙিঙি হায়বা ভাব তানরকপসিনি। মতমসিদা য়েলহৌঙৈগী নাৎকা লম্বী তিননরকপা অসিগা তাঞ্জা লৌরগা চঙশিল্লবদি মায় পাকফম থোকই। সনা কোনুং পন্দিট লোয়শঙনসু চহী খুদিংগী থৌরমসি পাঙথোক্লি।। অদুঙৈ য়েলহৌঙৈগী খোঙচৎনা লঙদায় অসিফাও তল্লকখিবা পুন্সি মহিংদা হোংলকখিবা ঈচেল খুদিং ইয়া য়াকুবা মরম্না অপুনবা শক্তম শিঙনরকপদা নত্তনা, ইশাগী কাংখুলদা মাইনোরিটি তারবা ঐখোয়গী অরোইবা মতম অদু নকশিল্লকপগুম ফাওহনখিবা ৱাখলদু কাউবা লৈতনা য়েলহৌঙৈগা ঙসিগা খুৎশম্নদুনা অশানবা মীৎয়েংদা চৎপা পাম্বা ইরৈচাশিং চোংথোকপিরকপা মতম মতাঙ ওইরে। থোইদোক্লা সরকারগী মীৎয়েং চিংশিনবগী মতাংসু লাক্লি। কলচর লোয়শঙ, এডুকেসন, ফোরেষ্ট অমদি ইনবাইরনমেন্টকা মরি লৈনবা লোয়শঙশিং অসি পুল্লপ উন্নফম অমা শেল্লগা জাতিগী লনশিং অসিগী মপু ওইরিবা অখঙ অহৈশিং য়াওহন্দুনা হিরম অসি পায়খৎনবা থৌশীল অমা শেম্বগী মথৌ ফাওবা তারক্লি। ❑

# প্রেসকী নীংতম্বা নুমিৎ

ঐখোয়গী প্রজাশিংগী মরক্তা গনতন্ত্রগী ঈহৌ পাম্না লৈরবসু অয়াম্বা মতমদা নিয়ম চুম্না মীয়ামদগী মোৎ লৌদবা থেংনৈ। নিয়ম চুম্না মেডিয়া কভরেজ পীদনা পব্লিক ওপিনিয়ন ওইহনবা থেংনৈ। সরকার অমসুং রাজনিতি দলশিংদা নত্তনা খুন্নায়গী লুপশিং অয়াম্বনা মেডিয়াগী খুথাংদা মোৎ লৌহৌদবদগী অকায়বা য়াম্না থোবকই। অপাম্বা মওংদা বন্দ-ষ্ট্রইক পঙতৌদা তৌনবগী ভাবতা লৈনরি। লৈবাক লৈহাও মতা অসিদা গনতন্ত্রনা ঙমওন থুংনা চঙশিনবা ঙল্লক্তবা মবম্না লৈবাক মীয়ামগী মমাঙদা সরকার অমসুং ওপোজিসনবু (সরকারগী ইশুগী মায়োক্তা লৈবশিং) মীয়াম্না পাম্বা প্লেটফোর্মদা লৈহনবা ঙল্লক্তবনি। মদুগী মরম্না মতীক চাদ্রবা লুহূপ উপ্লশিংনা তৌনিংবা তৌরকপদা রেসক্যু ঙমদবগী ফিভমদা লৈ, মদুগী এদভান্টেজ খঙনা মখোয়না চথরকপগী কলচরদুনি ঙসি ঐখোয়না মখোয়দা খুদোল তৌরুরিবা।

থাক মান্নবা লৈঙাক্লোন ফংহনগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা ৱারোল অমা অমসুং মদুগী ফিরপ অমা মথৌ তারিবসি সমবিধন্না হায়বখক্তা নত্তবদা, গনতন্ত্রগী ফম্বাক্তা থবক তৌরিবা জাতি অসিগী মীয়ামগী থুপ্লবা থম্মোয়কোন্দা তারিবা মমিদগী থকতোকহনগদবনি। মতমদুদা মশামক্লা শেম্বী শাবিরিবা শেল থাদরিবা মেডিয়া য়ুনিট

অদুমক্তা য়ানিংদবগী নৈনরকপা ৱারোল অদু ফাওবা রুলিং পার্টিনা য়াদবা ঙম্মদ্রিবনি। খুদম ওইনা, *য়ুনাইটেড কীংদম* গী রুলিং পার্টিগী মমি অসি *বিবিসিদা* ময়েক লানা তারি; মদুদা ওপোজিসন পার্টিনা লাউবগুম মনীং তম্বগী হক অদু শিজিন্নরি। *বিবিসি*না নোংমা ওপোজিসনবু শীঙথাগনি, নোংমনা মরাল পুখোক্নুনা চৈগনি। নৈনগনি; মদু নৎত্রগা অনীমক মনীং তম্মা চৈগনি। অদুগা *য়ুএসএ* দদি হায়রিবা মেডিয়া অনী অসি প্রাইভেট ইষ্টাব্লিসমেন্ট তরুক্কা কন্ট্রোল তৌরি। য়ুএসতা লৈরিবা লেবর ফোর্স চাদা ৫০মুক লৈরিবা অসি থবক পীবগী ইন্দষ্টি অমসু ওইহনবতা নত্তনা মেডিয়াগী নীংতম্বা শীজিন্নদুনা জাতিগী থাক ৱাংখৎহল্লি। ইকনমিক ফ্রন্টতদি মসি খ্বায়দগী হেন্না চাউখৎলিবা *কম্যুনিকেটিব ইন্দষ্ট্রি* গী লৈবাক ওইরি। মরম অদুনা লৈবাক অসিদা গনতন্ত্রগী চৎন লীচংকী লীক্লম অসি অসুক্কী মতিক মমুন ফানা লৈপ্লে, মদুদি হায়রিবা মেডিয়াশিং অসিনা জাতিগী লুচিংবশিংদা নত্তনা জাতিগী পোলিটিকেল অমসুং সোসিয়েল লাইফকী শক্তম্বু কনাগুম্বনা অতোপ্পা মচু শঙলবসু, মদু কনা অমত্তনা শাউবা ঙমদবগী থাক্তা লৈরে হায়বসিনি।

থোইদোকপা থাক অমনা, মীচম মীয়াম্না হরাও কুম্মেদা হেন্না লুপশিনখ্রবা মতমদা মদু পোলিটিসিয়ানশিংনা মখোয়গী মোৎ অমসুং মখোয়গী পার্টিগী ৱাখল ফোঙদোক্নবগীদমক মখোয়বু পুখৎতুনা শীংথানৈ। মসিদা শেল চঙখিবা অমসুং মীখলগী মতমদা শেল চাউনা থাদবা ওইরবসু, নুংঙাই য়াইফবা খুনাই ওইবা মরম্না মদু অরুবা ৱা নত্তে। শেলগী অমসুং অতৈগী ঈথিল কন্না পীরবসু লাইরিক হৈবদা নত্তনা লাইশু চঙখোল্লবা খুন্নাই অমা ওইবা মরম্না লাইগী মপোককুম্না মগুণ লৈর-লৈরবা লুচিংবশিংনা মীয়াম্বু মীত্রং তৌদুনা হুম্বা ঙমখিদে। মদুগী মথক্তা, মেডিয়াগী খুখাঙদা লাকপা মরমনা লাইগী থবক *মীরেকলগুম্না* অঙকপা থৌদোক থোকহন্দুনা থমায়হনবা ঙমদে। চুন্নদগী মখোয়গী ৱাখল অদু মীয়াম মমাংদা থমহনবা খক্তনি। আমেরিকাগী মীয়ামগী মনুংদা মশিং য়াম্না লৈরিবা মিদল ক্লাসকা মেডিয়াগা চৎমিন্নবগী কলচর অদুগী ঈচেলনি।

অদুবু ইন্দিয়াগী মেডিয়াদা মনীংতম্বা পীদবদগী লৈবাকসিগী গনতন্ত্র মমুন ফাগদবা য়াম্না ৱাৎলি। মেডিয়া হায়বসি শক্তি লৈপ্নবা ওর্গাননি। মীওইবগী মুত্তিবু ৱাহৈনা থুগায়বা ঙম্মী। অদুগা অমুক শাগৎপসু ইরায় লায়না ঙম্মী। মদুবু শীঙনরবদি, হেন্না মাঙজবা নত্তনা করিসু ফঙলোই। অমরোমদা অমুকসু মেডিয়াগী খুখাঙ তোয়না ঈথিল পীরিবা মীয়াম, মখোয়গীদমক তোয়না ফোংদোক্নুনা ফনা হোৎনদুনসু মচী ইরেঙ লেঙদবা খুঙ্গং লমদমগী ফি তাঙ্খায় শেৎপশিং অসিনা পঙলিবা মখৈ রুলিং পার্টিগী খুবামনুংদা থমদুনা মীখল কয়াদা মায় পাক্নবা হোৎনফম ওইরি। মসি পুন্নমক প্রেসকী থোঙ্গান্দা চঙদুনা থোইদোকপা সরকারগী থৌশিল থৌরাং পায়খৎপগী মথৌ তারি।

*ফ্রিদম ওফ স্পিচ এণ্ড এক্সপ্রেজন* হায়বসি গনতন্ত্র লৈঙাক্লোনগী নিয়মগীদমক্তা য়াম্না মরু ওই। মরমদি তোঙান তোঙানবা ৱাখল মোৎশিংগী লৈফম মার্কেট প্লেস অসিদা নীং তম্না অপাম অপাম্বা, অনীংবা ফোঙদোক্নবগী খুখাঙদাফাওদুনা লাক্নগা অচুম্বা ৱাখলগী

লিখুল পুথোকপা ওস্বগী খুদোংচাবা অদুমক *ফ্রিদম ওফ স্পিচ* না পীরিবনি। অমগা অমগা মনীং তম্না অপাম্বা ফোংদোক্লবনা *ফ্রিদম ওফ স্পিচ এণ্ড এক্সপ্রেজন* গী হক্কী মপাঙ্কল হাপ্লিবনি, অমসুং মসিবু মালেমগী গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকশিংনা অরাংবা থাক্তা পুখৎতুনা ইকায় খুম্নরিবনি। রেডিও, ডুরদর্শন্না পব্লিক সেক্টরদা লৈরগা রুলিং পার্টিগী ওর্গান ওইবা মতমদা পাউচেনা ওপোজিসন রোল লৌদুনা প্রাইভেৎ সেক্টরদা লৈরকপা অসিগী মরম্না প্রেসপু মীয়ামগী শরুক অমা ওইরিবনি। মীয়ামগা চপ মান্নবা মীহুল হুনমিন্নরিবনি। মসিবু রুলিং পার্টিনা ইকায় খুম্নবা হোৎনগদবনি।

**ফ্রিদম ওফ স্পিচ এণ্ড এক্সপ্রেজন হায়রগা ফ্রিদম ওফ প্রেস, ফ্রিদম ওফ ব্রোদকাষ্টিং এণ্ড ফিল্মস পুসু খঙনরি। পোলিটিকেল লাইফতা প্রেসনা থেংনরিবা খেৎন-খেৎনরবা মোৎশিং অসিবু শোয়দ-ঙামদনবা ঙাক্লিবনি; মদুনা নীং তম্নবা গনতন্ত্রগী চঙদবা য়াদ্রবা মচল ওইরিবনি। লনাই নৎত্রগা মীয়ামগী অমসুং সরকারগী ওইবা মরুওইবা ব্রাখল্লোন খুদিংদগী ইভেলুএসন নৎত্রগা জজমেন্টশিং অদু সম্বিধান্না শোয়খি ঙামখিদনবা ঙাক শেল্লিবনি।অদুনা সরকারনা খুদুম চনশিন্দুনা লৈঙ্গবা প্রেস ফ্রিদম অসি পাউচেশিংদা অমুক হন্না পীথোকপা চুম্মী। পাউচেনা কয়ামুক মগুণ লৈবগে হায়বগী প্রমানদি, অমেরিকাগী অহুমশুবা প্রসিডেন্ট থোমাস জেফরসন্না হায়খিবদুনি ঃ ঐখোয়গী পাউচেশিং য়াওদনা সরকার অমা লিংবা নৎত্রগা সরকার লৈতনা পাউচেশিং লিংখৎপা হায়বা অনী অসিগী মনুংদা ঐঙোন্দা অমা খল্লু হায়রবদি অকোনবগী অসি য়াম্না পাম্না খনবদা মীৎকুপঅমত্তং চোম্ফরোই।"**

মরু ওইবা অমনা, কেন্দ্র সরকারনা শেমখিবা *অনীশুবা প্রেস কম্মিসন* অদুদা পাউচেশিংদা মনীংতম্বা পীনবগী খোঙথাংদা চাউখৎ থৌরাংগী অমসুং শেল থুমগী ইন্সটিট্যুসন লিংখৎনবা রিকমেন্দ তৌখিবা পুম্নমক সরকারনা তুংওইনরমখিবা অদুদগী হৌনা য়েংবা য়াই। প্রেসকী মনীংতম্বা পীবগী মরুওইবা ব্রাফমশিংগী মনুংদা হীরম অমত্তংদি অয়েৎপা কয়াগা লোয়নননা ঙসি ফাওবা চথদুনা লাক্লি। এডিটরনা মনীং তম্না ফোংদোকচবা অসি প্রেসনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা শোক্লরিবা লাল মখল অমনি। বৃটিশনা ভারত্তা ইং ১৯০৮দা প্রেসপু লাকশিন্নবা *নিউজপেপর (ইনসাইটমেন্ট টু ওফেন্স) এক্ট* পাস তৌদুনা হিংশাগী মায়োক্তা খুৎ থানবা পান্দম তৌখি। অদুবু মতুং তারকপদা লোকমান্যা তিলক অমসুং গান্ধিনচিংবা লুচিংবশিংনা *এডিটোরিয়েল ইন্দিপেন্দেন্স* ফংহন্নবগীদমক্তা ব্রাখল পীনরকখিবা মতুংদা *সাপ্রু কম্মিটি* না এক্ট অদুগী মায়োক্তা রিকমেন্দ তৌরকপদগী মুখৎখি। অদুবু ভারত অমসুং পাকিস্থান শেৎতেন্ত্রবগী মতাঙগী হিংশা থোরকপদা অমুক হন্না চৎনরকখি। ১৯৫০দদি এক্ট অসিনা অনৌবা শকওং হোৎদুনা থিংবা য়াবা ব্রাফম (ওবজেক্সনেবল মেটর) থিংনবা হোৎনবরোমদা শীজিন্নখি।

ইং ১৯৭৬কী ইমরজেন্সি মতমদা *ওবজেক্সনেবল মেটর* গী পাক চাওবা চাং অদু অমুক হেনগৎলকখি। অসুম্না পঞ্জাব, কাশ্মীর, অরাং নোংপোক মণিপুরদা পাউচেশিং অসিবু ফীবুল নমদুনা থম্বীরি। মশাগী দায়ত্ব লৌহন্দ্রি। খুদক্তা থিংবা,

চেফোঙ মৎপিবা, প্রেসকী খুৎলায়শিং মুনবিবনচিংবা চখৎরি। অসুম্না দায়ত্ব খঙহন্দবা অমসুং গনতন্ত্রগী তৌহৈদবা হৌন লোনচৎকী ৱাংমদা চখৎরক্লিবা থৌওং অসি য়াম্না লানবা অমনি। মদুগা মসি আইন লেজিসলেসন চলায়দুনা তৌবা অমসু নৎত্রি। ঙমখৈ লৈতনা শক্তি লৈরবা, হাৎকে তুপকে ঙম্নবা সরকার অমনা মচীং মশোল মানবা অঙাংগী থবক তৌরিবা অসি তৌবা চুমদে। মসিনা মুৎনাইদ্রবা ময়েক ওইদুনা মীয়ামগী থম্মোয়দা তুংগী লাক্লিবা মতম খুদিংদা য়েক্নুনা লৈহৌরগনি। এডিটরশিং, জর্নেলিষ্টশিং অমসুং মীয়াম্না অখন্নবা লম্বী অমদা পুনশিন্নবা ঙমলোই হায়না সরকারগী লুচিংবশিংনা খল্লবদি মদু য়াম্না লানগনি।

নীঙশিংবা য়াই, হৌখিবা চহী ৫০মুক অসিগী মনুংদা প্রেসনা লৌরকখিবা থৌদাংশিং। পীক্লবসু পীক্লা লমদমসিগী ইনাক খুল্লবা হেরিটেজনা প্রেসকী অমুবা মচুগী মরুম থুপমিন্নদুনা লাকখিবা অদুগুম্বা খোঙচৎকী তোরৈ কয়ানা ঐখোয় পুম্নবু মঙাল পীরকখিবনি, হিংবগী মগুণ হাপ্পীরকখিবনি। অতৈ চাউখৎপা লমদমগুম্না রেশনেলিজমদা চূশিল্লবা অনৌবা মীরোলশিং পুথোকপদা অচেৎপা থৌদাং লৌরকখিবনি। মদুগীসু মথক্তা অফবা লাইরিকশিং, লাইনীং লীচৎ, লৈঙাক্লোন, শেন্মীৎলোন, ইপা ইপুনাৎশিং অসি হিংগৎহনবদা প্রেসনা লৌরকখিবা থৌদাং থোইদোক্লা শীঙথানরিবনি।

ভারত্তা ইহান হান্না পাউ ফোঙখিবসি ইং ১৬৭৪দা বোম্বেদনি, মাদ্রাজদা ১৭৭২দগী। *ছাপা নম্বা (টাইপোগ্রাফি)* গী লময়ানবা *চার্লর্স ৱিকিন্স* না কলিকত্তাদা সরকারগী লাইরিক নম্বা প্রেস লীংখৎখিবনি। অহানবদা ললোনবগী থবক তৌরম্বা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিনা মদু লীংখৎপদা অয়াবা পীখিবনি। মদুগী মতুংদা প্রেসনা অওনবা অহোংবগী গাড়ী অয়াংবা ওইদুনা অমসুং মীয়ামগী চাউখৎ থৌরাংগী দায়ত্ব চাউরবা থৌবুরোই অমা ওইদুনা লাকখিবনি। মপু ওইবগী ৱাখল্লোন, খেন্নবা ৱাখল্লোনশিংগী লান, খুন্নাইগী মীৎয়েং আশা খুদিংমক্তা প্রেসপু মশক তাক্নুনা লাকখিবনি।

হৌখিবা পুৱারীবু ঙসিগী ৱারী শীংবুলগা তিনশিন্নদুনা, মদুনা অনৌবা মথেল ওইরগা ঈরৈবাক্কী অনৌবা মীরোল্দা মহাও তংহন্দুনা তুংগী মপূ ওইবগী আশা তৌহল্লিবা অশেংবা ওজা গুরুদি প্রেসনি। হৌখিবা চহী কয়া অসিদা প্রেসনা শেমগৎখিবা খুৎশেমশিংগী মনুংদা ঙসিগী ইন্টেলেকচুয়েল মীরোল অসিনি, মদুদা অইবা নুপীশিং য়াওনা পাউ-চে, মেগাজিন, কলমনিষ্ট ফোরম য়াওনা জর্নেলিজম সেন্টর মখল কয়া হাংদোক্লিবা অসিনি।

অমরোমদসু, হৌখিবা চহী চা অসিগী মনুংদা মণিপুরগী পাউচেশিংনা থেংনরিবা মরাইহবক অসি উরুবগা পুক্লিং নুংশিনিংঙাইনি। ঙমখৈ লমদম ওইবগী পোৎ চৈ তাঙবা অৱাবা মরক্তা লৈবাক্কী শেল থুম ফত্তবনচিংবা লৈরিবা অসিগী মরম্না পাবিনবা মী ৱাৎপা অসিদা নত্তনা, সরকারনা য়োকখৎপিদবদগী উইনা খাঙলক্লবা পাউচেগী পুন্সিনি। অদুবু খাঙবা কনবনা ফম্মেন ফমলি। উপাই অমা নৎত্রগা উপাই অমা তৌদুনা পাউচে হিংলি। হৌখিবা মতম কয়াদা নংলকখিবা চৈফু চৈনাগী অৱা খোল্লাউশিং, মদুগী চৈনা খোঞ্জেলনা লাউ খোংদুনা খাঙখিবা মণিপুরগী পুৱারীনা কাউগাদবা লৈত্রে। মদুমক্না অতৈ শাফুশিংগা লোয়ননা হুমদুনা পুথরবসু ঐখোয়গী পাউচেশিং, অশেংবা মহাওদগী নাথৈদ্রি। ❑

# লৌমীগী নুমিৎ

লৌউ শিংউবা হায়বসি চাওখৎ থৌরাঙ পুম্নমক্কী য়াঙলেন্নি। মসিবু চাওখৎহনবা হায়বসিনা থবক পীবা, জাতিনা হিংবা হায়বনি। ইমুং পুবা ঙম্নবা তুংগী মীরোল মতিক চাহন্দুনা য়ুম্বীরেল শেমগৎপনি। মণিপুর খুনায় অসি লৌউ-শিংউবদা য়ুম্ফম ওইরগা লিংখৎখিবনি। জাতিগী শেন্মীৎলোনসু য়ুম্ফম অসিদা লিংখৎখিবনি। নীংশিংবা থোক্লিণ্ডে মতমদগী লৈরক্লবা লীরবা খুনায়গী য়াঙলেন্নি। লম মপু ওইবগী মথায় থায়নগী চৎনবী অদু খুনায়রোলগী মরু ওইবা মচাক ওইদুনা লৈরি। মীয়াম্না মনিং তৌনা লৌউ-শিংউরকপা অদু বৃটিশ লাকখ্রবা মতুংদদি খুনায়গী শেন্মীৎতা নারেং চুপ্লি থাংখ্রে। খাজনাগী পোৎলুম কোকথোং পুবা ঙম্লক্তবগা লোইননা মহৌশাগী অমাঙ অতাদগী লৌরোক কনবা ঙম্লক্তবনা ঙাউৌ শরেং অমমমগা লৌ শঙমগা ওম্থোক্লখিবা কয়া অমসু লৈখি। লৌউ-শিংউ খুনায়রোলদা অদুঙে কোলোনিয়েল লৈঙাক্লা শগুন তৌখিবদগী লৌমী মযাং কংথরকখি। লৌমীদি মনুং লেল্লবসু মাগী ষণ পাবোৎতি শরু হুমদাং উহনবা য়াদে হায়বা লৌমী পুকচেল ওইবদগী মমৈদদি লৌ ব্রাইদুনা লৌ উরগা লৌশান তম্বা লৌমী ওইহৌই।

ফিভমসিদা লৌপু ওইবগী মীৎয়েং নাথৈহল্লগা লৌমীনা মশাগী হৈনীংবা থৌনা লৈনা পুকচাক্কী লানফমদা মহয় য়ানগনি হায়বসি পঙহায় হায়নিংদে। লৌমীবু য়াইফহনগনি হায়রিবা মন্ত্রিশিং, ফম্নাইবশিং চুমথাঙ মখোঙগী শেনফু থেংনরুবগুম্না মরেক মহাও থোক্লা হিংলি, লৌমীনা হেন্না হেন্না শোকথরক্লি। অমরোমদা চেম্থরক্লিবা ঈচেলসিদা লৌমীবু থবক কন্না শুহনবা হায়বসি মহাকপু মপান থোকহন্দনবা, লাইরিক হৈহন্দনবা মরমসু লৈরম্মী। খুন্নায়গী শেনমিৎলোন পুখনবনি, লৌমী খুন্নায়বু মরু-ময়াং থুদেক্ল বনি হায়বসু য়াই । ইমুংদা লৈহৌরিবা লৌমী মচা-মশুনা লৌমীনি হায়বা ইকায়রকপা, লৌমী মপাবু লৌমী ইপানি হায়নিংলক্তবা, ব্রার্ক কলচর পুমমাঙ মাঙখ্রদুনা তলব চাবা মীনাই পুন্সিরোলগী থোঙজিন্দা অচোপ অরেং খঙনদনা ক্যা তৌনরি। নৎত্রগা অকল অরিং শীঙবা খুৎপু শেমদুনা ব্রানোম-থৌনোম্বা, ঠিকা ফোইদুনা লৌবা, মীয়ামগী খন্দ্রবা সরকার অসিগী প্লান খুদিংমক্তা য়াওশিল্লকপা অসিনা ইন্দষ্ট্রি লিংখৎপগুম তৌনরি। মখোয়সিনা শৌগৎপদগী হুরান চিন্থিবা কয়া মীখলদা মায় পাক্তুনা মীয়ামগী মপু ওইনরি। অসুম্না লৌমীনা মফম মাঙখিবদগী খুনায়গী মওং মরীল কায়থরকপা থৌওং অসিনা মরু পানখ্রবদা, অনৌবা মীরোলবু খোইরাঙ-খোইশাওনহন্নবা মরম ওইরি।

মণিপুরগুম্বা লৈবাক্তদি ইন্দষ্ট্রি লিংখত্তুনা চাওখৎহনবনা লৌউ-শিংউবদগী হেন্না মরু ওইবা নত্তে। চাওখৎ-থৌরাঙ পুরকসি হায়বগী চপ চাবা ব্রাহম্থোক্তি

 কর্টসী : ইম্ফাল ফ্রি প্রেস, ২৩/১২/১৯৯৯ 

লোইজিং-লোয়া লম য়াওনা লৈবাক মীয়ামবু মচু থোক্লা হিংহনবা অসিনি। চাক চরা শিংলবা মীয়ামদা সহরগী অনানবা ফজবনা কৈদৌরুনি। অনৌবা মিল্লেনিয়মগী শেম শারে হায়রিবা মণিপুর মীয়াম্না চারা শিত্তনবা জাতিগী ঈচেলদা ঈরোইবা তমজনবা অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈদি লৌমীগী মফম পীবনি। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৌমীগী মীংদা মরেক মহাও থোক্লা হিংলিবা ফমনাইবা, মন্ত্রিশিংবু মীয়াম্না পেন্দনা য়েংলি। লোইশঙশিংবুদি ফদি শুম্বগুম শুল্লম্বা মন্ত্রিশিংবু পেন্দ্রি।

মণিপুরগী এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্ট অসি ইং ১৯৪৬তা এডমিনিষ্ট্রেসন অমসুং ফিল্ড ষ্টাফ হায়বা কা অনী থোক্লা বাবুপরাদা লিংখৎখিবনি। ইং ১৯৭০দা *এগ্রিকলচর* অমসুং *হোর্টিকলচর এণ্ড সোইল কঞ্জার্বেসন* হায়না অনী থোক্লা খায়দোকখি। লৌমীশিংদা সবসিদি, ইন্সেনটিব ট্রেনিং ফেসিলিটিনচিংবা পীদুনা গ্রীন রিবল্যুসনগী পান্দম চথরকই। অদুবু মসিদা ঈশিং মবাঙ কায়না ফংহনবগী সমস্যা মায়োক্লরি। *মাইনর ইরিগেসন ডিপার্টমেন্ট, কাদা, ইরিগেসন এণ্ড ফ্লড কন্ট্রোল* গা খুৎশম্নরগা চঙশিনমিন্নবদা খুৎলোইদবা মরম্না মায় পাকপা ঙমদ্রি। মহৌশা ভৌমিক্লা ডাইরেক্টর ওইরিবঁদা মাইনর ইরিগেসন অসি মহাক্কী মখাদা লৈরম্বা মরম্না মহয় য়ান্না চঙশিনবা ঙমখি। *ব্রেড বাস্কেট* হায়না খঙনরিবা পঞ্জাবনা চাদা ৭২ ঈশিং মরাং কাইনা ফংবা মরম্না লৌউ-শিংউগী লমদা ইণ্ডিয়াগী মাঙজিল থংবা ষ্টেট অমা ওইরি। মসিগুম্না তম্পাক্কী মতাই-মতাইদা চীংখোং চীংয়াদা লৈরিবা *ড্রাইলেণ্ড, ব্রেষ্টলেণ্ড* অসি ফার্মিং তৌবগী তঙাইফদবদা লৈরে। অসুম্না চথরবদি এগ্রিকলচরেল গ্রোথ পীবদা নত্তনা রেজনেল ইমবেলেন্সকী সমস্যাদা লংলা-লংজিল অমা ওইরগনি। মসিগা লোয়ননা *ৱাটর শেড মেনেজমেন্ট* চথরিবা অসি মায় পাক্লবদি গ্রীন রিবল্যুসন মহয় য়ানবা হৌরে হায়বা য়াই। চাদা অনী হেন্না মীশিং হেনগৎলক্লিবা ষ্টেট মীয়ামবু অনৌবা মিলেনিয়ম লাকপসিদা চারা শিত্তনবা *ফুড ফোর ওল* হায়বা নেসনেল এজেন্দাগী পান্দম শোইদনবা এগ্রিকলচরেল গ্রোথ পীনবা হোৎনগদবনি।

ডিপার্টমেন্টকী স্কিম, প্লাননচিংবা অশেংবা লৌমীগী শরুক থুংবীদনা লৈরিবা অমদি করপসনগী চৈথেংদা ৱানা খাঙলিবা লৌমী খুন্নায়বু চাওখৎহন্নবা মতাং অদু ৱাৎলি। পোলিসি স্কিমশিং অসি শোত্থহৌরবা লমদমসিদদি মতিক চাদ্রি পেকেজ ওইদ্রি। লৌমীনা দরকার ওইবদু মশানা দাবী তৌবা হৈতবদগী সরকারনা পাঙনা-শানবা তৌবসিনা ওইনম্বা নত্তে। লমদমসিগী লৌমী চাদা কয়াগী চাংনা হায়রিবা স্কিমশিং অসি ফাওবগী চাকথুং কয়ামুক ফংলমগদগে য়েংশিল্লুরবদি নীংবা কায়নিংঙাই ওইগনি। মসিগীদমক থোইদোকপা *ওর্গেনাইজেসনেল ইনিসিয়েটিব* হেন্না মথৌ তারি। লোকেল সেল্ফ গবর্নমেন্টকী য়ুম্ফম ওইরিবা হিলস এণ্ড লোকেল *দিবলপমেন্ট পোলিসি* গা *এগ্রিকলচরোল পোলিসি* গা লিঙ্ক অপ তৌদুনা লেঙ্গোন্ননা চৎমিন্নবা অসি লমদমসিদদি মায় পাক্লোইদবা মরম ওম্থোক্লা

য়ামখ্রে। মরু ওইবদি খুঙ্গং অমসুং চীংমী মীয়ামবু মীৎ মায় শিংহনবনি। মতম মতমগী সরকারগী থৌরাংশিংদা পুক্লিং-হকচাং য়াওনা শরুক য়াহন্নবা হোৎনবা অসিনা মরুনি। *এনজিও, বলুন্টরি এজেন্সি, সেল্ফ হেলপ গ্রুপ অমদি ফার্মর ক্লবশিংগী* থৌদাং অসি য়াম্না মরুওইবগুম লৌমী ইশামক হকথেংননা শরুক য়াবগী তঙায়কফদবা লাক্লে। ঙসিমক লৌমীগী নুমিৎ পাঙথোকপীনবা কনাসু লৈত্রি। লৌমীগী মফম কনবীবা ঙমদ্রবদি মণিপুরি জাতিবু নাওয়োমলিবা অপুনবা খুনায় অসিনা হিংহৌগদবসে করম্না থাক্তনো ? ❑

# ৱার্ল্ড টেলিকম্যুনিকেশন্স ডে

লমদম অসিদদি লৈঙাক মপুশিংন ফাওবা ফনা য়াম্না শরি শোল্লবসু, থৌরমগী থিম ওইহল্লবসু মচি অদুমক লেঙদনা লৈরি। অদুবু ইউরোপকী লমদমসিদদি মোবাইল ফোন অসি অসুক্কী মতিক চাওখৎখ্রে। মোবাইল ফোন কম্পনিশিংনা টেলিগ্রাফিগী অনৌবা লোল পুথোক্তুনা অনৌবা মোবাইল ফোন কলচর অমা হিংহল্লকখ্রে। মদুনা নহা ওইবশিংবু পুক্লিং য়াম্না চিংশিনখ্রে। নহা ওইবা রিপোর্টরশিংনা অনৌবা লোলশিং পুথোক্তুনা, ৱাহৈশিংবু এব্রেভিয়েট তৌদুনা টেলিগ্রাফকী লোন্দাদা মোবাইল ফোন্দা পাউ থানরি। *সোর্ট মেসেজ সার্বিস (এস এমএস)* কী করেক্তর লিমিট ১৬০দগী অনৌবা লোলশিং অসি থোরকপনি হায়রবসু অঙকপদি ওইরি। D u wnt go out 2nite. Wer Y U meaningWhere are you. GBH & K meaning Great big hugs and kisses. KISS means keep it simple,stupid. YaTEth RLIKT**x THyCum Out @ Nite meaning Your teeth are like the stars. They come out at the night.

মোবাইল ফোন্দা টেক্স মেসেজ পীনবসি হৌখিবা মীরোলদা ওইরবসু য়াম্না মরৌ লৈনরকপা অমা লাকপসি হৌখিবা চহীদনি । অখণ্ড অহৈশিংনা তুংদা লাক্কদবা ৱাফম পন্দুনা হায়বদদি SMS কী চাওখৎলকপা কারবার অসি *ইন্টর্নেট* অমসুং *ই-মেল* দা চঙফম ফংলবা মতুংদা মোবাইল ফোন্না তন্নকপা অদুগুম্বা খুদোলনি হায়বসিনি।

তশেংনমক মীওইবনা ঈ-পাউ য়াওদনা হিংবা শুকঙম ঙমদে, মদুনা মহাক্কী মপাঙ্গলনি মহাক্কী খুনায়গী থৱায়নি। শম্না হায়রবদা ঈ-পাউনা মীওইবগী অনীশুবা মীৎনি, নাকোংনি, অতৈ কয়াৎশিংনি। উনবা য়ারমদবা য়েক্লবা অনী থেংনরবদা মখোয়না শয়েং পান্বোম ঙান্নরমদাইদা ঈ-পাউ ফাওনরবদি, মখোয়না য়াম্না য়েক্লরবসু ৱাখল্ন লৈবা মীওইবগী থাক মচেৎ অমত্তং ওইরবসু লাক্কনি। লান শোক্লবগী চৎনবী শেম্নরকপা য়াই। লুনা তিম্নরমখ্রবা মরুপ অনী নোংমা শাওনরকপদা ঈ পাউ চৎনহৌদ্রবদি লুনরম্বগী, নুংশিনরম্বগী

**মতীক মশেল হাৎতোক্লবা তারকই। য়েংবীয়ু, চাওখৎপা ৱাংনা লৈরিবা খুনায় অদু, ফুরুপ অদু, ইমুংঅদু ঈ-পাউ ফাওনবা শোয়দনা ৱাংলমগনি। লম্বী থোং ফত্তবা, লম্মীৎ তুমিৎলোনগী ফিভম্মা মতম অমগী ঈ তিন্নবা মচীন মনাওগী ফুরুপ ওইরম্বশিংনা মতম খরদং লাপ্পা লৈনরুবা মতমদগী অমুক হন্না পূনশিন্নবা ঙমদদুনা তোখায় তোখায়না তান্নখিবা অদুগুম্বা ৱারী শীংবুল কয়া মালেমগী পুৱারীনা শক্তাক খুদম ওইরি।**

থায়নদগী হৌনা মীওইবনা করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা ঈ-পাউ চৎনরকই। চীংগী লম নৎত্রগা উমংগী লমদমদা অতিয়াদা মৈখু কাহন্দুনা, মৈখু কাবগী মওং চৎনহন্দুনা অমদি মঙাল কাপনদুনা ঈ -পাউ চৎনৈ। মণিপুর য়াওনা অৱাং নোংপোক্কী চীংগী লমদমদা মদু ঙসি ফাওবা চৎনবগী পাউ তারি। অমেরিকাগী রেড ইণ্ডিয়ানশিংনা অতিয়াদা মৈখু কাহন্দুনা ঈ-পাউ থানৈ। য়েলহৌঙৈগী মতমদা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা য়ুমথোং য়ৈবা পাউথাং, মৈহুম মোরোক চৎনরম্বা অদু মতমগী মতুংইন্না তপ্পা তপ্পা অহোংবা লাকখি। মৈখুগী মহুত্তা মশক উদবা মঙাল *(ইনফ্রেয়র লাইট)* তারা তিংবা পাউগী মহুত্তা ৱায়ারলেস, রেডিও, ইন্টর্নেট, সেটিলাইট কম্যুনিকেসননচিংবা জাৎ জাৎ থোরক্লি। ২শুবা লাঞ্জাওগী মতমদা রেডিও অমসুং ৱায়ারলেসতা খঙনবী খুদম *মোর্স কোড* শিজিন্নদুনা অমদি জহাজদগী *মোর্স কোড*কী মওংদা *সর্চ লাইট* কাপথোক্তুনা ঈ-পাউ পীনবা হৌখি, অমদি তোপ তোপ্পা খোঞ্জেলদা ৱারী শান্নবা হৌদোকখি।

হন্দক ইনৌ নৌনা, মীৎনা উবা ঙমদবা স্পেক্ত্রমগী ৱাংমদা দাতা য়াম্না থুনা থাদোক্ল বা অমসুং খোমজিন্নবা হায়রিবা *অমম্বা মঙাল (ইনফ্রেয়র লাইট)* শীজিন্নরকপা থেংনরে। মসিদা মীৎকুপ অমগী মনুংদা লীশিং কয়ারক হন্না অককুবা সিকেন্সিশিংদা মঙাল থাদোকপা ঙম্মী। মদুদা থাদোক্লিবদু ঈ-পাউ ঙাক্তনি। অদুগা অতোপ্পা মখল অমগী *ইনফ্রেয়র সিষ্টেম* না খোঞ্জেলগী ঈথকশিংবু মাইক্রোফোনগী মতেংনা ইহান হানবদা ইলেক্ত্রিসিটি ওন্থোকহনবা ঙম্মী। মদুগী প্রেসেস অদুদি, গ্লাসনা শাবা পীকম্ববা মতুম তাবা মকুপ (বোল)শিং য়াওবা *সেমিকন্দক্তর চীপ* মরক্তা ইলেক্ত্রিসিটিনা চঙশিনখি। মদুনা ইলেক্ত্রিক্কী মওংদা নীকলকপা মতমদা (চীপ অদুনা) *ইনেফ্রেয়র লাইট* পুথোকই। মীৎনা উদবা মঙাল অদু পোকখায়হল্লগা ইলেক্ত্রিক ওন্থোকহল্লিবা *ফোটোসেল* অদুগী মতেংনা *হেদসেট* অমদা হায়রিবা মঙাল অদু পোকখায়হনবগী থৌওং অদু অমুক হন্না খোমজিল্লি। অসুম্না এমপ্লিফায়র অমনা ইলেক্ত্রিসিটিবু খোঞ্জেল ওন্থোকহল্লি। *অলট্রা ভাইওলেট রে* গুম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইদবা *ইনফ্রেয়র লাইট* অসি পোর্টেবল ওইনা পুথোক পুশিন তৌদুনা মরী লৈনবা স্কুলশিংদা *টিচিং টুল* ওইনা শীজিন্নরি। অপীকপা *ইনফ্রেয়র ট্রান্সমিটর* অমদা *ষ্টেথোস্কোপ* হুকচিল্লগা ডাক্তর অমনা মাগী ছাত্র ১০০হেনববু হেদফোন শীজিন্নহন্দুনা তাহল্লবদি অনাবগী থাম্মোয় মীহুন তাবা ঙম্বতা নত্তনা তোঙানবা হোস্পিতালশিংগী অতোপ্পা কাশিংদা তাহনবা ঙম্মী।

পোরটেবল সিষ্টেম ওইনা কোর্টশিংদা অমসুং অচৌবা থৌরমশিংদা লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোক্নুনা শীজিন্নবগী অফবা খুৎলাই ফাওবা ওইরি।

মসিগী মথক্তা অতৈ টেক্নোলোজিশিং য়াম্না লৈরি, মদুনা মালেমগী ঈ পাউদা অচৌবা ঈনোৎ কাহল্লি। য়াম্না কুপ্না গ্লাস ফাইবর শীজিন্নদুনা টিভি চেনেল ফাবা য়াবা অমসুং *এফএম রেডিও ষ্টেসন* হাংবা য়াবা অতৈ মখলশিং লৈরি। মসি নোংচুপ জর্ম্মনিনা তোঙান্না লৈরিঙৈদা পুথোক্লম্বনি। হৌজিকসু জর্ম্মনিদা ষ্টেসন অসি হাংলি। অনৌবা সিষ্টেম অসিনা ব্রোডকাষ্ট তৌরিঙৈ মতম অসিমক্তদা টেলিফোন তৌবা য়াই, *ভিডিও টেক্সট* রিসিপ্ট তৌহৌবা য়াই। টিভি সেট শীজিন্নবগী মথক্তা ভিডিও কেমেরা অমসুং ভিডিও টেলিফোন শীজিন্নবা য়াই। পাক চাওবা মওংগী *বেন্দ ডিষ্ট্রিব্যুসন সিষ্টেম* অমগী টেলিফোন নেটৱার্ক অমগুম শীজিন্নরি। গ্লাস ফাইবরগী মতুংইন্না টিভি, টেলিফোন, ভিডিও ডিসপ্লেনচিংবা লাইট ৱেভ কন্দক্তরশিং শীজিন্নদুনা টেলিকম্যুনিকেসনগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইহল্লকপা অসি শীংথাবা তাই।

অসুম তপ্না তপ্না মপুঙ ফারকতুনা অহাঙবা অতিয়াদা মফম কনশিন্নরকতুনা খুৎশেমগী গ্রহ থম্নরকপা, টেলিকম্যুনিকেসনগী থাক ৱাংখৎনরকপা কয়া অসি লৈরি। মালেমগী লৈবাকশিংনাথাগৎনরিবা সেটিলাইটশিং অয়াম্বনা ডাইরেক ব্রোডকাষ্টিংগী তৌবা য়াওরি, অদুবু পুম্নমক্না কম্যুনিকেসন নৎত্রগা টেলিকম্যুনিকেসনগী থবক তৌরি হায়বসিনি। খুদম ওইনা - *SPUTNIK (1957), SYNCOM(1964), INTELSAT (1965 April), MOLNIYA, ORBITA, Anik C, Anik-D, PALAPA (Indonesia) ARABSAT (Arab), FUTELSAT (European Space Agency)* পনবা য়াই। *ইন্টরনেসনেল টেলিকম্যুনিকেসন য়ুনিয়ন* না শীন্দুনা *ৱার্ল্ড রেডিও এদমিনিষ্ট্রেটিব কনফরেন্স ১৯৮৫, ১৯৮৮* দা ফমখিবদু পনবা য়াই। ভারতকী ওইনদি টেলিকম্যুনিকেসন্দা সেটিলাইটনা খুদোল তৌরিবসি চাদা ৬৫ ওইরি। চহী ৩গী মনুংদা লুপা ক্রোর ৬৭৫গী মমল হঞ্জিল্লে হায়না ক্লেম তৌরি।

অসুম্না টেলিকম্যুনিকেসন্না লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংদা, শেন্মীৎলোন্দা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌই হায়বসি খঙনরকপদগী নেটৱার্ক মোর্ডনাইজ তৌদুনা সার্বিস পাকথোক চাউথোকহনবা অসিনা মালেমগী লৈবাকশিংগী খোঙথাং ওইনরি। মসিদা য়ুস্ফম ওইরগা জাতিগী থাক্তা টেলিফোন লোয়শঙনা কন্না পায়খৎলকপা থৌশিল খরা লৈরি। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা লিংলিবা *FAX* শিংগী খুথাঙদা *STD* সার্বিস তৌবা কয়া লৈরে। বেসিক লিঙ্ক ওইরিবা *টেলেক্স ফেসিলিটি* অসিগী হান্নগী লাইন ৫০,৫৬০ দা অনৌবা এক্সচেঞ্জ ২১৯০ হাপচিল্লে হায়রি। লৈবাকসিগী মফম কয়াদা লৈরিবা টেলিফোন এক্সচেঞ্জশিংদা অথাম্না লমগীদমক ট্রান্সমিসন সিষ্টেম চখবগী ৱাফম পল্লি। *হায়গ্রেদ স্পিচ এন্ড দাতা সারকুইট* শিং মথৌ নীংথিনা পাঙথোকহন্নবগী মীৎয়েংদা,

মেট্রোসিটিশিং, সহরশিংঅমসুং ডিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বাটরশিং অমগা অমগা ইশম শম্নহন্দুনা *নেসনেল ডিজিটেল নেটৱার্ক* মপুং ওইনা লিংখৎনবগীদমক *ডিজিটেল মাইক্রোৱেব* অমসুং *ওপটিকেল ফাইবর সিষ্টেম* শিং অসি চেকশিন্না নেটৱার্ক অসিদা পুশিল্লি। মসিগী মহয় ওইনা দিল্লি, মুম্বাই, মাদ্রাজদা অৱাংবা থাক্কী ক্বালিটি কম্যুনিকেসনগী ডিজিটেল নেটৱার্ক শম্নরে। মসিগী মথক্তা মণিপুরগী টমেংলোং য়াওনা *সেটিলাইট আর্থ (পৃথিবী)* ষ্টেসন ৫ লীখৎতুনা অথাপ অথাপ্পা লমশিং শম্নহন্নবা পান্দম তৌখি। অন্দমান অমসুং নিকোবর ইথত্তা ষ্টেসন ৩, লক্ষদ্বিপ ঈথৎতা অমা, তমেংলোংদা অমা লিংবা অসিনি।

খুঙ্গংগী লমশিংবু জাতিগী ঈচেলদা তিলহন্নবা থৌরম ওইনা, ভারতকী পঞ্চায়েট (মশীং ২,২১,০০০) খুদিংগী অমমম ফংহনবগী পান্দম তৌই। ইং ১৯৯০ এপ্রিল ১দগী হৌনা সেক্তর কয়াদা রেন্টকি মমল খরা কোকপীবা য়াওনা টেলিকম্যুনিকেসন সার্বিস য়ৌহনবগী থৌশিল চথরি। সরকারনা মশক খঙলবা স্কুল, কলেজ, পোলিটেক্নিক, য়ুনিভর্সিটিদা রেন্টকী চাদা ২৫ কোকপিদুনা ফংহনবা, *নন রেসিডেন্সিয়েল টেলিফোন* ওইনা *চহি য়াম্লবা অহলশিং, অশোনবশিং, নাম শোয়রবশিং, নাপংবা-লোম্থোক্তবশিং* গী হোমশিংদা চাদা ২৫ কোকপিবগী টেলিফোন পীবা, পাউচেশিং অমসুংপাউচেগী লুপশিংগী *ডাটা এণ্ড স্পিচ* থাদোক থাজিনগী *লিজ সরকুইট* তা চাদা ৫০ কোকপিবগী ৱাফম পল্লি। খুঙ্গংগী লমদমদা টেলিফোন শীজিন্নবা হৈহন্নবগীদমক্তা খুঙ্গংগী *এলডিপিটি* দগী *ত্রঙ্ককোল* তৌবদা চাদা ৫০ ফাওবা হন্থহনবগী থৌশিল চথখি।

অদুবু হায়রিবা পোৎশকশিং অসি লমদমসিগী মীয়াম্না ফংলবরা হায়বদি নৎত্রি। অদুগা তুংগী মতম কয়া চঙনা হোৎনরবসু মদু ফঙ্গনি হায়বসিদি মীয়ামগী পুক্নিং লুম্বা ঙমদবা লৈ। পুম্নমক অসিগী অশোয়বশিং অসি সরকারগী মায়কৈদগী, ডিপার্টমেন্টকী মায়কৈদগী অমসুং প্রজাশিংগী মায়কৈদগী ওইগনি।

য়াম্না মরু ওইরিবদি, শেম্থোক ৱাৎপা প্রজানা নম্না লৈবা লমদমসিদা মদুগী খুদোংচাবা লৌবা হৈতবতা নত্তনা লৌবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈহনবা অসি অরুবা মরম অমনি। সরকারনা পীরিবা খুদোংচাবশিং অসি লাইরিক হৈতবা লাইরবশিংগী মফমদদি থোইদোক্না ওইথোকপা য়াদবনা নম্মি। য়াম্না মরু ওইরিবা হীরম অসিদা প্রজাশিংবু খুদোংচাবা অসি ফংহন্নবা থোইদোক হেন্দোকপা থৌরাং পায়খৎপা য়াম্না মথৌ তারি। হৌখিবা চহীদা টেলিকম্যুনিকেসনগী থিম ওইখিবা ৱায়ারলেস কম্যুনিকেসন য়াম্না ফগৎফম থোকপদু থবক ওইনা উবা ঙমদ্রি। মসি লৈবাক অসিগী অপুনবা মাঙজবনি।

সরকারগী মায়কৈদগী মীয়ামগা চৎমিন্নবা য়াবা লম্বী খরা হায়বা তারবদি *টলিফোন লায়না ফংহনবা, টেলিফোন সবসক্রাইবরশিংগী লাইন টেষ্টিং শেংনা তৌবা, বি এস এন এলগী সার্বিস ফগৎহনবা, লান্না হিসাব তৌববু শেংদোক্লবা সার্বিস থম্বা, মেন্যুয়েল ত্রঙ্ক একচেঞ্জ, ডাইরেক্তরি ইনকারি, টেলিফোল বিল শাবা* অসিনচিংবা অসি কম্প্যুটরাইজ তৌবা তঙাইফদে। ❑

# ওজোন কনবা নুমিৎ

অকোয়বগী ফিভম (এনবাইরনমেন্ট)দা খুদোং থীরকপা অসিনা ঐখোযগী পুন্সি অমসুং পুন্সিগী মগুণ খুদোং থীরক্লি। হৌখিবা চহি ২০০মুক অসিদা খুৎশা-হৈবা অমসুং মীশিং য়ামখৎলকপগী নীযম নাইহৌদ্রবা খোঙচৎ অমনা এনবাইরনমেন্টতা শাথিনা অমাঙ অতা পীরকখি। মদুনা জীবগী পুন্সিদা শীঙনরকখি। পাম্বী মখল কয়া, শা-ঙা কয়া মুৎখ্রে, অতৈ কয়া অমসু মুৎশিল্লক্লি। মালেম ইমাবু মথ্বায় পালহল্লিবা কনানো হায়রবদি মদু পুন্সিনি, এনবাইরনমেন্টনি। এনবাইরনমেন্টপু শোকচিনখ্রবদি জীবগী পুন্সিনা শোয়দ-ঙমদনা, লায়না তীননা চেন্দনা লৈবা ওইথোক্কে। শেল ময়েক অমগী মমায় অমনা এনবাইরনমেন্টনি, নাকল অমনা জীবগী পুন্সিনি। ঙসি শীঙনরক্লিবা য়েক্লবদু কনানো ? য়েক্লবদুগী মখুত্তা লৈরে, ঐখোয়গী হিংবা হিংদবা। মরম অসিনা সেপ্ট. ১৬পু মালেমগী ওজোন নুমিৎ হায়না পাঙথোক্লি।

ঙসি অসিমক ওজোন লৈরোল নিংশিং নুমিৎনি। য়েংবিয়ু! থক্তা লৈরিবা অতিয়াগী কুয়োম অসিদা অহোবা অমা লৈরিবা! মদুদা হু মপৈ অমা ধুশিল্লক্লনা নোংমা নত্রগা নোংমা মীওইবা জাতিবু হুনা পুমকুপ কুপ্লগদবা ! থৱায় পানবশিংগী কাঙখুল মুথৎলগদবা! মতমগী ঈচেলদা হেন্না হেন্না পাক চাওথোরক্লিবা হু মখুল! নুমিত্তগী *'অলত্রাবাইওলেট মঙাল'* ফাওজীন্দুনা মালেম লৈমায় কাথেক্লবা, কেন্সর থোকহন্নবা!

রেফ্রিজরেটর, এয়র কন্দিসননরদা শীজিন্নরিবা হিদাক লাংথক্তগী থোরকপা *'ক্লোরিন এটোম'* না মালেমবু কুপশিল্লিবা মনিল কুয়োম অসিগী মরু ওইরিবা ওজোন লৈরোন অসিবু খমথেংনা চাথৎপদগী মখুল অসি য়ুরকখিবনি। আন্তার্কতিকা মপাদা য়ুরকখিবা মখুল অসি মিপায়নিংঙাই য়ৌনা পাকথোরক্লি। মখুল অমা য়ুরে খঙলকখিবা ইং ১৯৭৩দা ফুটবোল শান্নবুং অমগা চাওবা মান্নখি। হৌজিক্তি কি.মি. ১৫ ৱাংবদা ওজোন গ্যাসকী কুয়োম লৈরে। কি.মি. ২৪থাবা ওজোন লৈরোন্নি। মসিনা নুমিৎকী মৈশাদগী থাদোরকপা হু *'অলট্রাবাইওলেট বে'* ঙাকথোকচৈ। পৃথিবীবু কুপশিল্লিবা নাইত্রোজেন চাদা ৭৮ অমসুং ওক্সিজেন চাদা ২১ অনিসি পুল্লগা এটোম মোলিকুল অনিনা তিন্নবা মনিল ওইনা লৈ। নুমিত্তগী থাদোরকপা অলত্রাবাইওলেট রেনা ওক্সিজেন মোলিকুলশিংবু থুগায়বদগী ওক্সিজেন এটোমশিং শুই। এটোমশিং অসি অমুক হন্না পুনশিন্নরগা ওক্সিজেনগী এটোম মোলিকুল অহুম্না তিনবা মনিল ওইনা লৈ, মদুবু ওজোন হায়না খঙনৈ।

ওজোন অসি য়াম্না রিএক্টিব ওইবা মরম্না ষ্ট্রেটোসফিয়রদা লৈবা নাইত্রস ওক্সাইদ কৌবা মনিল অমগা তিনশিন্নখি। অসুম্না লৈরোন অমসিদা ওজোন লেপ্পা লৈতনা শেমই। পৃথিবীদগী থাদোরকপা ক্লোরিন এটোমশিংনা ওজোন মোলিকুলশিংনা থেংনরগা খল

কায়বা থোকহল্লি; ওজোন শেম্বগী মহৎত্না মাঙ তাকহল্লি। *ক্লোরোফ্লোরোকার্বোন্স* (*CFCs*) নচিংবা মীওইবগী খুৎশেম ওইবা কেমিকেলদগী থাদোরকই হায়না চিংনরিবা ক্লোরিন এটোমশিং অসি নুংশিৎকী কুয়োমদা তিনশিনখি। মদুনা ওজোন লৈরোন য়ৌশিনখিবা মতমদা ওজোনগী এটোম অহুম্না শাবা খোঙচৎ অদু থুগায়রকই। ক্লোরিন অদু *ক্লোরিন মোনোক্সাইদ* ওহোরকই অদুগা ওক্সিজেন গ্যাস থাদোকই। অসুম্না ওক্সিজেন মোলিকুলশিং মাঙখিবা অসিবু ওজোন লৈরোন চাথৎপা হায়না খঙনৈ। মসি থোক্লবা মতমদা *অলত্রাবাইওরেট রে* অদু চুমথোক্লবা ওজোন লৈরোনগী মপাঙ্গল হন্থরে। শম্না হায়রবদা, ক্লোরিনগী চাং খজিক্তংনা নুংশিৎকী কুয়োম অসিদা হক চঙখিবদগী ওজোন লৈরোন পাক চাওনা মাঙ তাকহল্লি। মসিনা মেরুগী লমদমদা য়েন্নিংথাদা থোকই।

অসুম্ন তপ্না তপ্না ওজোন লৈরোন চাথৎলকপসি ইং ১৯৭৩ মমাঙদা কনাসু খঙলমদে। চহি অদুদা অমেরিকাগী সাইন্টিস ডা. শেরি রোলেন্স অমসুং মতেং পাংবা ডা. মেরিও মোলিনা *CFCs* দগী থাদোরকপা ক্লোরিন এটোমশিংনা ওজোন লৈরোন চাথৎলিবা অদু পুথোকখি। ফাইন্দিং অদু অতৈ মখা তানা নৈনবা কয়ানা মরা চেৎহনখি। মীয়াম্না মদু খঙনরকখিবদু ইং ১৯৭৫দনি। ইং ১৯৮৫দদি মালেম মীয়াম্না ভুমিন্না লৈশিনবা ঙমখিদ্রে। মতমদুদা বৃটিশ অর্ন্তাক্তিক সর্ভেনা আন্তার্ক্তিকা মপাদা চাংয়েংবদগী অচুম্বদু খঙনরকখি। মীপাইরবা পাউ অদু মালেম শিন্থুংদা শন্দোকখি। এনবাইরনমেন্টেলিষ্ট শ্বাই মীয়াম্না খঙনরবা হীরম ওইবনা খুদক্তা মদু পায়খৎখি।

*CFCs* হায়বা সিনথেতিক কেমিকেল অসি ডা. থোমাস মিদগ্লেনা ইং ১৯৩০দা '*দুপোন্ট জেনরেল মোটোরস*'গী ইঙথহন্নবা হীরমগীদমক দিবলপ তৌখিবনি। *CFCs* মরু ওইনা পুথোক্লিবা অমসুং শীজিন্নরিবা চাওখৎলবা লৈবাক ৩০না ইং ১৯৮৭ মোন্ত্রিলদা পাঙথোকখিবা কনবেন্সনদা লেপ্নখিবগী মতুংইন্না, *CFCs* শীজিন্নবা অসি ইং ১৯৯৯ দা চাদা ৫০ হন্থনবা ব্রারেপ লৌখি। *CFCs* শুংবা অসি ইং ২০০০ দা পুংলেপ লেপ্নবা চহি অহুম চুপ্না খন্নখি। মোনত্রিল প্রেটোকেল অদু য়েংশিন্নবা জুন ৩০, ১৯৯০দা চয়োল অনি চুপ্না লন্দন্দা ফর্মাখিবা '*ওজোন ত্রেটি*' হায়না খঙনবা হিষ্ট রিক ওইবা মীফম্না ইং ২০০০ দা *CFCs* পুথোকপসি পুমথিং থিংবগী ব্রারেপ লৌখি। অদুগা য়ুম য়ুমদা শীজিন্নবা রেফ্রিজরেটরশিংদা পম্প অমসুং কম্প্রেসর চঙবা মরম্না। ইনর্জি হেন্না শীজিন্নবা তাই। *ফোসিল ফ্যুয়েল* হেন্না চাকথেকহন্দুনা মালেম অসি হেন্না শাগৎহনবা তাই। পেষ্টিসাইদ, পেন্টস অমসুং *CFCs* শুংবদা চঙবা মচাক অমা ওইরিবা *টেট্রাক্লোরাইদ*, ইলেকত্রোনিক্স ইন্দষ্ট্রি অমসুং ধাতু তুমহনবদা শীজিন্নরিবা মিথাইল ক্লোরোফোর্ম হায়বা কেমিকেল অদু ওজোন চাথৎপা মরম্না ইং ২০০০ দা পুমথিং থিংগনি হায়রি।

অদুবু লেবোরেটরিদা কেমিকেল শুংলিবা সাইন্টিষ্টশিংনা CFCs কী মহুত্তা অতোপ্পা শাফগদবা হিদাক শুংনবগী সমস্যা থেংনরি। মহুৎশিং অদুসু CFCs গুম্না কান্নবা য়ৌবা ঙমদে। খুদম ওইনা, *HCFC-22* হায়রিবা সুপরমার্কেটশিংদা য়াম্না পাক চাওনা শীজিন্নরিবা অচৌবা মখলগী রেফ্রিজরেটর অসি য়ুম য়ুমদা শীজিন্নবা য়াদে। মসিগীদমক অনৌবা *HFC-134* পুথোক্লবা তৌরি। অদুবু শরুক মঙা হেন্না তাঙবদা নত্তনা মদুনসু ওজোনবু শেকহন্দবদি নত্তে। অসুম্না খোঙথাং খুদিংমক্তা *CFC* মহুৎ শিন্দোকপগী তঙাইফদবা লৈরবসু কেমিকেল অদু মশক খঙদোকপদা অরুবা ওইরি। মসিগী মথক্তা চাওখৎলবা লৈবাকশিং অমসুং চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা খেৎনবগী মৈখু ওমচাক্লরিবা অমসু লৈরি।

এনবাইরনমেন্টেলিজম অসি চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংগী মায়োক্তা শীজিন্নবা অমনি হায়না লৌনরকপা লৈ। লোয়লম লৈবাক শন্দোকনিংবা রাখল্লোনগী নুংগী ওইবা ইদিওলোজিনা মপুং ওইনা, নম্না লাকখি হায়বসিনি। লোয়লম লৈঙাক্লোন্না নমথবিরম্বা চহি কয়া মাঙ তাক্লুনা লৈরম্বদগী ঙসি চৎখৎনবা লেং লৌজরিবা চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংদা মমুৎ তাদবা লোজিক অসি হেক্তা পানশিনবগী চিংনবা লৈ। অদুনা মায়কৈ কয়াগী কুটনিটি চঙলি। অমরোমদা হায়রবসু, ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসননা অকোয়বগী ফীভমদা অকিবা পীরবদি মদু খুৎ শা হৈবগী চাওখৎপা অশেঙবা নত্তে; মদু থবক ওন্থোকপগী নীয়ম লৈজদবা, মগুণ য়াওজদবা চিহৈ নাইবা থবক্লি। মীওইবা জাতিবু মাঙন-তাক্লবা শক্তম লৌরিবা শেন্দোং চাউনবগী লল্লোন মিৎয়েংনি।

এনবাইরনমেন্ট অসিবু কনবা তারকপদা চাওখৎপগী মিং শীজিন্নরিবা ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসন, মোর্দনাইজেসন্না লায়রবগী থবাক্তা নেত্তুনা চৎখি। মসিসু খ্বাইদগী চাওবা *'মোৎহনবা'* অমনি। মহৌশাগী খল ঙাক্তুনা থম্বা, চাওখৎপা হায়বসিনা লায়রবগী রাফমগা মরী কক্লবা য়াব্রা ? খুদম ওইনা, উমং কনবা হায়বসি রাহৈদদি লায়, থবক্তুদি য়াম্নমক লুই। উমংগী পোথোক্তা য়েলহৌঙৈদগী হিংজরক্লবা মীয়ামদা অতোপ্পা উপায় শীনবিদ্রবদি দিপ্লোমেসিনা শেম্মীৎলোনবু নমহত্তুনা মচিন মেন্দুনা পুবা ওইথোক্কদ্রা'? অদুগা লায়রবগী চাকথুং মুন্দুনা চারকপা, লন থুম লেপশিল্লিবা লমদমদুগী ব্যুরোক্রেট ফম্নাইবশিং, লৈঙাকপা লুচিংবশিং অসিনা মরিল চুমদ্রিবমখৈ এনবাইরনমেন্ট ঙাক শেনবা অসি ঙমলকখিগদ্র? ঙসিমক অরাং নোংপোক্কী, মণিপুরগী মতাঙদা খন্থবিয়ু। লন্নায় লুপশিং প্রেসর গ্রুপশিংগী ইথিল য়াওদনা লৈবাক্কী খন্দ্রবা লৈঙাক মপুশিংনা মতাঙসিদা তৌগদৌরিবসি করিনো ? মখোয়না হীরমসিদা ঙসি করম্না অমদি করিবু তৌরিবগে ? করম্না লাউদুনা করম্না থবক পাঙগদৌরিবা হায়বসিগী পাউখুমদি মখোয়না থমোয় শেংনা পীনিংলিগদরা ? ❑

# মণ্ডাশুবা পন্দুপ

## লুচিংপুরেল ইরাবোতকী শক্লোন

শেঙ্গা থুমজাগী মরেক মহাও নীংঙাইদনা চুপ্লিবা, চরী তৎলবা মীয়ামগী ঈখেং চুপ্লদা লায়চুরবা লৈঙাকপশিং অমসুং, লোয়লম মপুগী শাজৎ চৎপা মোৎলবা লৈঙাক্লোন্না তুহৎপীরবা, হিংজনবগী হক মৎপিরবা মমি শামলবা মীচম মীয়াম অমসুং য়াওল্লুপশিংনা পুন্না কোক নোঞ্জমিন্নবগী নুমিৎ অমা লৈ। মদু চহি খুদিংগী সেপ্টেম্বর ৩০নি, লুচিংলেন হিজম ইরাবোতকী মপোক কুমওননি। নুমিৎসিদা পুকচেল শেংনা কোক নোল্লি, মীচম মীয়াম, ফম্লাইবশিং, সরকার অমদি য়াওল্লুপশিং পুমনমক। শজিগা কৈগা শুম্নাৎলিবা আশ্রমগুম, অওনবা অমগী লীপুন্না মীয়াম, নিংথৌ অমসুং লালহৌববু পুন্না পুনশিনবসি ইরাবোতননি।

হন্দক্কী কুমওন্দা জাতি অসিনা ইকাইখুম্নবা উত্তুনা ইরাবোত ষ্টাম্প পুথোকখ্রে। মাগী কুমওন থৌরম্না খুন্নায় অসিবু ময়ায় কাহন্দুনা থৌনা হাপকত্তুনা লাকই। লংলা লংজিন পুল্লুরবা শেম্লিৎলোন, লৈঙাক্লোন অমসুং খুনায়গী ওইবা পাখোঙ ফোঙদুনা রিএলিতি পীদুনা লাকই। অথেঙবা মতমগী মণিপুর পুব্বারীবু অচুম্বা মাইওন পীবিরম্বা অতাঙবা মপোকনি। হিন্দু লাইনীংনা চত্থরকখিবা নমফু হাফুগী, অকিবগী মশক ওইরবা চৎনবিশিং, অমাং অশেংগী অথিংবা কয়ানা মীচম মীয়াম্বু লাঙ্গোই চল্লিবা অপঙ থাজবগী য়োল্লিং চনবদু পোলিটিকেল ওইবা থৌওংদা পরে হনখিবা লুচিংপুরেলনি। তুহৎ-নৈহৎপিরবা মীয়াম্বু মঙাল পীদুনা, *'লন্নায়গী ব্রাখল থাদোক্লরগা পুনশিনগদবনি'* হায়বা খুনায় অমা নৌনা শেমগৎলম্বা কয়াৎ মশক মুন্না খঙবা ঐখোয়গী খুৎহৈবনি। মীনায় নাইথাঙনা পামজবা, নুংঙাইথোকপা হৈনজবা হিন্দু পুন্সিরোলনা নাওশুমখ্রবা খুনায় অসিনা মচেৎ মকায় খোমজিনবা হৈনিংদবা, চীঙ তম মপুম তানবগী অথুপ্পা উরমদবাঅমসুং, য়েলহৌঙৈগী পুন্সি মশকপু থমায়বিরম্বগী মরম্না *'মীতৈ অনি শুনা তিন্নবা য়াদে'* হায়বা লায়নাশি লায়েংলকখিবা মাইবনি। তিনয়েৎ লাইয়েৎহন্দনা মশা খিঙহল্লবদি মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা ফাওরক্কনি, মতমদুদা নীঙখা তম্না পানবা ঙমগনি হায়না ফাওখি। *'থাঙ্গোল অদু ময়া থাঙউ থৌনা'* অমসুং *'মায়কৈ মরি কোয়না য়েংউ'* হায়বনচিংবা পাউজেলনা ফুরুপ অসিবু পুনশিনবগী তঙায়ফদবদু খঙহনখি। পাঙদুম তুন্নিবা মীওইশিং অমসুং অপঙ থাজবগী ঈরোন্নুংদা নখোক্তুনা তুমখুন হল্লিবা মীয়াম্বু য়াকায়হনখি।

লুচিংবগী শকলোন লেপ্লদি অরায়বা নত্তে। লৈঙাক পথাপকী লুচিংবা, য়াওল্লোই, খুনায়গী লুচিংবা, শান্নখোৎনবা, ড্রমাটিষ্ট ইওইদা ওইবা, অনৌবা ৱাখল্লোন পামজবা, মতমগী যাওন্দা লুপচবা অতাঙবা লুচিংবনি। কম্যুনিষ্ট খক্তংগী লুচিংবা নত্তে, য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা মীয়ামগী লুচিংবনি।

নেসনেলিষ্ট অমা ওইনা হৌরকপনা খোঙজংগী পান্নে থিবদা মাকশিজম লৌদুনা ইরাবোত কম্যুনিষ্ট ওইরকখি। অদুবু লেনিনইজম মাকশিজম্না অরোইবা পান্দমদি ওইখিদে। মহাক্না লৌকবা লেনিনইজম-মাকশিজম্না মাগী ৱাখল্লোন নৈনবদা খুরৌ চেনহনবসু চুমদে। ইং ১৯৪৯দা বর্ম্মা নীঙতংলবা মতুংদা থোরকপা কম্যুনিষ্টকী ইহৌ অমদি কচীন, কারেন শাননচিংবগী ইহৌশিংগা চৎমিন্নখি। হো চি মিন, অং সান অমসুং মাও জে দুং নচিংবা লুচিংবশিংগী ৱাখল্লোন অদুগা নোংচুপ লমগী মহৈ মশিলদগী ফংলকপা অনৌবা মতমগী লৌশিং অদুগা অমসুং কংলৈপাক্কী লিরবা য়েনহৌঙেগী লীক্নমচং অসিগা তোৎশিন য়ানশিন্নরগা খুনায়গী লৈহাওদা হার ওইনা শেম্নগী মওং অমা পান্দমখি। বৃটিশকী নোংমৈ বোম তোপ মায়োক্তা পীতেনা থাঙ চুঙ্গোৎ পায়রগা মায়থিবনি খঙনা সাম্নেংনখিবা *'সুইদাইদ ৱারফেয়র'* অদুনা পীরকখিবা পুৱারীগী লিংজেল অদুগী চন্নফম খুদোম্নী থিনখি। মদুগী ময়া মথৌ অদু থাঙলগা লৈথক লৈখা খোন্দুনা পুথরক্লিবা লোয়লম লৈঙাক্লোনগী য়োক্লিং থদৎনবা লাঞ্জঙখি, অমদি চীঙতমগী পুক্লিং ৱাখল অমত্তা ওইদুনা তোপ তোপ্পা মণিপুরী পুন্সিরোল অমা লিংখৎপগী লময়ানখি।

ইং ১৮৯১ এংলো মণিপুরী ৱার মতুংদা হায়বদি লোয়লম শন্দোকপগী শুক্কৎয়াইদা মণিপুরীশিং চুপশিনখ্রবা মতুংদা *'ইকাই ইকি খঙদবা মীনায় নায়থাং নাৎ'* না খুন্নায়গী মমাঙ ফিদা কন্দুনা লাকখি। বৃটিশনা পীবা তকমান সাহেবনা চানবা পুজারিনা ফিদা অদু কন্দুনা লেমজনফম ওইরকই। *'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা'* কৌবা হিন্দু মুকাকলৈ ধার শন্দোক্লবা লৈরক্লিবা লুপ অসিনা ইং ১৯৪৬তা *'মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস'* শাইওল্লকখি। লুপ অসিনা খাবৈ খারা শাদুনা *'মণিপুরবু ভারতনা লৌশিনবিরো'* হায়না মকম্থি ফুদোক্লা লাউখি। মখোয়না ইরাবোতকী পুন্সি মশক খঙখিদে, খঙনবগী য়েংনবসু হোৎনখিদে। মখোয়না পামখিবদি অরং অরাক মদুনি। মখোঙ চোক্তনা অহাওবা চাবদুনি। বৃটিশনা খুদোল তৌরম্বা *'খায়দোক খায়জিল'* গী মন্ত্র অদু মখোয়দা শিন্নরমদুনা কংংগ্রেসকী খুৎলায় ওইদুনা লাকখি। *ষ্টেট পিপলস কনফরেন্স* শেম্লগা ষ্টেট মচাশিংবু য়োৎশিনবা কংগ্রেস পারামাউন্সিগী শাজৎ অদু ইরাবোতনা মুন্না খঙই। কংগ্রেস লুচিংবশিংনা ঙমজবী থাদুনা লোন্না শেল পীজরগা মী থেম্বা, শেঞ্জা থুমজাগী কিনিংঙাই ওইরবা কংগ্রেস নাৎ অদু শন্দোরক্কনি হায়নসু ইরাবোতনা মুন্না খঙখি।

মীতৈ হিন্দুগী খোন্নৌবা অইবশিংনা অথোৎপা অমেঙবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা অনৌবা মণিপুরী লিটরেচরগী পন্দুপ অমা হাংদোক্লবসু বৃটিশ লোয়লম লৈঙাক্কী

নারেং হুক্তোক্তুনা মীনাই পুন্সি কোক্লবা, নীঙতম ইহৌ শাগৎপা, লৈবাক্লিংবা য়াওল য়াখল লাক্লবা য়ারেঙ শৈরেং ইবা তৌখিদে। মতম অদুদা, য়াংলিবা হায়ববু *'য়াওলগী অপোকপনি'* মদু কংলৈপাক্কী অতিয়াদা মদোম ঙাল্লিবা ইরাবোতনি।

চাকথুং ফিথুংদ্রবা লৌমী শিন্মীশিংগা তোংন তিন্নদুনা মখোয়গী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক কৎথোকপা ওন্না, সদর পঞ্চায়েৎকী ফম থাদোকখিবা, ম্না কোনুং মকু ইবুংঙোনা পীবা খুদোংচাবা পুম্নমক হন্না য়েংবিদবা নুপা অসি তশেংনা লৈবাক মীয়াম্বু নুংশিবা লুচিংবনি হায়বসি মখোয়না খঙঙি। কংগ্রেসকী লুচিংবশিং, দরবার মেম্বরশিং, ইন্টরিম কাউন্সিলগী মেম্বরশিংনা ইরাবোতপু কিবা পোকই, উপায় অমা তৌদুনা মাবু মণিপুরদা থমদনবা লৌতৈ। নুপী লানগা মরী লৈনৈ হায়দুনা চহি ৩ ফাদোক পী, চহি ৬ মণিপুর চঙহন্দে। ইং ১৯৪৬তা মণিপুর চঙবা য়াহল্লি। বৃটিশ চৎথ্রবদা, তুহৎনবা লৈতবা নেসন অমা ওইনা মণিপুরনা মনীং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইবগী ফিরেপ ইরাবোতনা লৌখি। করিগুম্বদা, ভারতকা মরী লৈনবা তারবসু সোভিয়েৎ য়ুনিয়নদা তিন্না তিন্না য়ুক্রেন অমসুং বেলোরুশিয়ানা য়ুএনওগী মেম্বর ওইবগী থাক অদুগুম্না মণিপুরনা লৈবা পামলম্মী। ফেদরেল ষ্ট্রকচর অসিগী চন্নফম পীবা নত্তনা লোয়লম লৈঙাক্লোনগী মখাদা লৈতানা লৈবা ঙমলক্লোই হায়বসি মাঙজৌননা উশিল্লম্মী। শুপ্নম শাসননা নেসনেল মেনষ্ট্রিমদগী লাপথোকপা মরম্না দায়ত্ব শিল সাসন লিংনবগী মীৎয়েংনি।

ভারত্তা মণিপুরবু তিনশিনম্রে হায়বা পাউ ফংবদা হায়নীংঙাই লৈতনা ইরাবোতনা নুংঙাইখিদে। ইমুংদা থবক শুরম্নদগী শাউমনখিবনা চে কলম লংশেক্তুনা মপান থোকখি হায়না য়ারীনরি। *ইরাবোতনা মীরোং ওইখিবদি পুংদোংবম থৌদোক্লি, অদুবু রেদিকেল ওইখিবদি মণিপুরবু ভারত্তা তিনশিনবসিনি। নুমিৎ অদুনা ইরাবোতকী য়াওল খোঙচত্তা অনৌবা মাইওন অমা পীবা হৌখি। নীঙবা কায়বগী খোয়রাঙবনা লৈতাখিদ্রবা তাঙ্কক মদুগী মতুংদগীদি, চীংয়া তময়া, লোয়জিং লোয়া থুংনা চৎপগী খোঙচৎ হৌখি, য়াঙশিনখি। য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগী মতেংঙ লৌদুনা মণিপুরবু নীঙখা তম্বা ফংনবা খোঙজঙ হৌখিবা পুন্নারীগী তাঙ্ককনি।*

বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবা থাকিন থান তুন উন্নরুই। মাও জে দুংনা খা নোংপোক এশিয়া, মণিপুর নাগা হীলস অমদি অহোমশিংগী ঈহৌগা মরী থম্নবা হোৎনবা অদুদা য়াওশিনখি। *'য়ুনাইটেদ লিবরেসন গবমেন্ট ওত বর্ম্মা'* গা য়ানদুনা কবো ভেল্লি অসি মণিপুরদা অমুক হন্নকপা হায়না য়ানখি। কবো ভেল্লিদা মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিগী বেজ অমা পীনবা অমসুং মথৌ তাবা মতেংশিং ফংনবা *'পিপলস কমরেদ পার্টি'* অপর বর্ম্মাগী ব্যুরো লুচিংবশিংগা য়ানখি, ফংখি।

ইং ১৯৫০দগী ইরাবোতকী লানগী থৌরাং হৌরে। ইম্ফালগী অকোইবদা লৈরিবা চীঙয়া নকপা তম্পাকলমগী খুঙ্গং ময়াম অসি শম্নহন্দুনা ইকোয় কোয়না হান্না লিবরেট তৌবা য়াবগী লাল্লোং তৌই। খা নোংচুপলমদা নম্বোল, কাংঙমোং, খা জিরি, লৈশ্রাম,

মোইদাংপোক, শজিরোক, খবী, বমদিয়ার, হৈক্রেজম, কোন্তৌজম হিদাক শুংবম থাংতেক-নচিংবা ইশম শম্নবা খুলশিংসিদা ইরাবোতকী লাল্লোং হৌই। মাগী এক্তিভিটিজ য়াম্না কনখিবা মরম্না লমদমসি সরকারনা রেদ এরিয়ানি হায়না লাওথোকখি অমসুং আসাম রাইফলস শীজিন্নদুনা রিপ্রেজিব মিজর লৌখৎপা হৌখি। লৌমী কয়া মথায় থাখি।

ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা ইরাবোতকী পুন্সি পোলোই ফাওবগী খোঙজঙশিংনা তাকপদি, মহাক য়াওল ইহৌগী লময়ানবনি হায়গনি। *প্রজা সংঘ, কৃষক সভা, ষ্টুদেন্টস ফেদরেসনবু* রেদিকেলগী ঈচেলদা পুখৎলক্তুনা *'রেদ গার্দ'* কৌবা খুৎলায় পায়বা খুৎপু লিংখৎখি। *কোদ এণ্ড সাইফর ওর্গেনাইজেসন* শেমগত্তুনা কেদরশিংবু কোদ নেম পীরগা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ চংখি। ইং ১৯৫০-৫২দা বর্ম্মাগী মৌলাইক, পোংবিন, থোগদেস্টতা লৈবা পিভিওগী বর্ম্মিজ কম্যুনিষ্ট কেদরশিং ব্রাবী শানদুনা রেদ গার্দকী ট্রেনিং তৌফম শীনখি অমসুং বেটচ অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা ট্রেনিং চৎহনখি। রেদ, গার্দনা ভিলেজ গার্দ শেমগৎলম্মী। থৌরম থৌরাংশিং শৌগৎনরকই অমসুং খুন খুনদা পেট্রোল্লিং চত্তুনা পাউ পীবা মী থিদোকই। অসুম্না মাগী কেদরশিংনা পোলিটিক্সতগী লাপথোরকপা অসিনা তাকপদি, লুচিংবগী শরেপ ফারবা ব্রাখল্লোনদা *'খুৎলায় পায়বা লালহৌ'* বু থাজবা থমখি। মতমদুগী চপ চাবা মীৎয়েংদা লুচিংবগী অশেঙবা মশক লেপফম থোকই।

অদুবু লুচিংবনা ইং ১৯৫২, সেপ্টেম্বর ২৬ তা থুপখিবগা লায়ননা য়াওল ঈহৌগী লীলা অদু বঙতপ্রা লোইশিনহনবা তাখি। লোইশিল্লমদ্রবা লুচিংবগী থৌদাং অমসুং ব্রাখল্লোনবু অঙনবা মতমগী খোঙলোয়শিংনা শৈথাদুনা শক শোন্নরকখি। লৌমীশিংনা লালহৌগী ঈয়ায়দা লুচিংবা য়েংদুনা ককওাওনরিঙৈদা, ইং ১৯৫০দা খোঙলোয় খরনা লুচিংবা ওল্লক্তুনা মেনষ্ট্রিম পোলিটিক্সকী মীখলদা য়াওরকখি। লুদা চঙবা লিনগুম মহু ময়ায় চন্নকখি, লুচিংবগী মায়ওনদা খুৎশেম চঙলকখি। ইং ১৯৫০-৫১ দা ডিষ্টিক্ট ওর্গেনাইজিং কম্মিটিগী চেরোলশিংদা মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ওর্গেনাইজেসন তৌখিবগী খুদম কয়া ফংঙি। লুচিংবগী ঙল্লিঙৈ তাঙক্তা, খুন্নায়গী অশোয় অঙাম কয়া শেমদোক শাদোকপগী চংখিবা খোঙজঙশিং চঙশিনখি। লৌ লৈজদবদা লৌ পীবা, লাঙ্গোল পায়বদা লৌপু ওইহনবা, লমহাঙ তুহাঙ পাৎলৌ নীনবা থুমখোং খুদিং থুম শুংহনবা ইশাগী পোখোক শীজিন্নবা, স্কুল লিংখৎপনচিংবা তৌদুনা নীঙথিরবা লৌমী ঈহৌ শাগৎখি। মসিগী ওন্না-তৈনবদা ইনাকখুনবা লৌয়াম চাবা খুৎপু চোংথোরক্তুনা খুৎপু অনি চিংখায়নরকখি। তাঞ্জাশিং অসিগী মরুমদা ইন্দিয়ান মেনষ্ট্রিমগী পোলিটিকেল পার্টিশিংনা থুপচফম ফংফম থোকপ্রা হায়বদু ঙসিগী ব্রাহং ওইদুনা লৈরি।

ঙসি লাইরিক হৈবনা থল্লবা মণিপুরনা ইরাবোত অমা পুথোকপা ঙমদ্রি। ঙসিগী রাজনীতি অসি গুন্দা-দাকু তৌফম ওইরক্লে হায়না, অদুঙৈ ইরাবোতকা হৃকথেংননা লোয়নজৌবা অহলশিংনা ফোংদোক্ররি। পুন্সি শিন্থা লোইশিল্লমদ্রবা লুচিংপুরেল ইরাবোতকী ব্রাখল্লোন অদু পোলিটিকেল ওইবা খোঙজঙদা কদায় ফাওবা চন্নফম পীনিংঙাই ওইবগে হায়না খন্নদুনা থবক ওইনা তৌবগী মহুত্তা লোকেল ফ্রেনকিষ্টাইন ওইনা থোরক্লবদা করম্না মতমগী ইরাবোত পুথোক্কনি ! ❑

# নাওরিয়া ফুলোবু নীংশিংনরকপা

চহীচা অনী হেন্না মীরানগী য়াই থাবদা পুমপণ্ড-পণ্ডথরুবদগী মশাগী কাঙখুলমক্তদা পুন্মুৎ মুৎলমগদৌরবা মীতৈশিংবু জাতিগী য়াকায়রোল শক্তুনা কাঙখুলদগী কনখিবা নাওরিয়া ফুলোবু অনৌবা মীরোলনা কৈদৌনুংদা কাউথোকপা ঙম্লরোই। হেন্না হেন্না লাপথোক্লগা থোইনা হেন্না নীংশিংলকখিনি, মতমদুগী চৈরাক কল্লবা খুন্নাইগী মায়োক্তা, হিন্দু মহাসভাগী মায়োক্তা মথন্তনা অচেৎপা ফিরেপ লৌদুনা খোঙফম অমত্তা হন্দোক্তবমখৈ লেপ্লা লৈতনা মায় পাক্লা চঙশিনখিবনি। য়েলহৌ লাইনীং-নাৎপু খুনাইগী চপ চাবা মফম অমা কন্দুনা থম্বীরম্বা অথোয়বা মীশক অসিবু কুইর-কুইরগা থোইনা হেন্না শীংথারকখিনি। পুৱারীনা মতম পুম্লমক্তা চপ মান্নবা ৱাহন্থোক পীদে হায়বগুম্না, মতমদুগী নোংচুপথোং হাংবনা অচুম্বনি খন্নরিঙে, সংস্কৃতাইজেসননা মচুন্লে হায়না মদুনা ক্লাইমেক্স য়ৌনা ৱাংলিঙে মতমদুদা মহাক্লা শকখিবা য়াকায়রোল অমসুং মহাক্কী খোয়থুম্লবা ৱায়েৎনা মরম ওইদুনা মঙোন্দা শীঙনরকখিবা অখণ্ড-অহৈশিং, মকোক থোংবা মীশক মীওইশিংগী থম্মোয় মথং-মথং ঙম্লগা মীতৈ য়ুম্ফম কন্দুনা থম্বিরম্লগা মীতৈ শক্তমবু অমুক হন্না হিংগৎহল্লম্বা মীশক অসিবু জাতি অসিগী পুৱারীনা করম্না কাউবা ঙমগনি।

মহাক্কী মপোক কুমওনসি হন্দক্তি ১১৭ শুবা ওইরগনি। ইং ১৮৮৮ আগষ্ট ২৯, থৱানগী ২২ নি পানবদা কাছার জারিবোন লাইশ্রম খুনদা পোকখিবনি। অঙাং ওইনা হৌরকঙৈগী পুন্সিদা ফুন্দ্রেগুম্না মশক মতৌদা চুং ফীরাল চানা ফজবগী, ৱাখল লৈনা ফিরেপ লৌবগীদমক মতম পুম্লমক্তা থাগৎপীবগী নুংশিৎ নুংশানা মহাকপু পুময়োম য়োম্লবসু, মহাক্লা চাওরক্লবা মতমদদি মপান থোক্লা মীরমদা ওজা ওইদুনা অমদি কেরানী, পুলিস ওফিসারনচিংবা ওইদুনা থবক তৌরকপদদি মজাতিগী লাইনীং, লোন, ময়েক্লচিংবা অৱাৎ-অপা লৈরিবশিং অসিগী মরীদা মীরম মচানা ইকায়বা পীরকপা কয়া অদুনা মহাকপু মতম পুম্লমক্তা ইকায় ফীরুক খুমদুনা লৈহনখিদে। অচৌবা শক্তিদা চঙজদুনা নপচ-তাংজবগী মহুত্তা হায়রিবা অৱাৎপশিং অসি মেনখত্তুনা মীতৈ ফুরুপকী চপ চাবা মশক তাক্লবা চেৎলবা ফিরেপ লৌখি। মহাকপু ঙসিগী মতমদা লাইগুম্না লাৎনরক্লিবা অসিগী থোইদোকপা মরম খরদি, মীতৈগী লাইনীং-নাৎ হিংগৎহল্লম্বদা নত্তনা মুৎলুরবা মীতৈ ঈরোল ঈয়েক অমুক হন্না পাকশন্না শীজিন্নবা য়াহল্লমবা অমসুং মীতৈ অমা ওইবগী লেমজনীংঙাই ওইবা পুন্সিরোল অদু অমুক হনজিনজবগী কলচরেল অমুসং ইকনোমিক নেসনেলিজম পীরম্বা অসিনি। মতমদুগী সংস্কৃতাইজেসন ক্লাইমেক্স য়ৌনা ৱাংলিঙৈদা চুরাচান্দ মহারাজগী মফমদা মীতৈলোনবু নুংশিবিদুনা মীতৈ মচা মহৈরোয়শিংবু ইণ্ডিয়াগী মহৈ তম্ফমশিংদা মীতৈরোন্দা মহৈ তম্বা য়াহনবিয়ু হায়জখি, মদুদা মহারাজনা য়াবীখি।

কোলকত্তা য়ুনিভর্সিটিদা মেট্রিক্কী থাক্তা মীতৈলোনগী সবজেক্ট খরা হাপচীনহন্নখি। মণিপুরদা মীতৈলোনগী মপী লাইরিক্তা নত্তনা মরীশুবা ক্লাস ফাওবা তমহন্নখি। মসিমক মণিপুরি জাতিগী থৱায় হাপখিবা অমসুং মণিপুর পুৱারীগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাঙ্ককনি।

মতমদুগী লোইলম লৈঙাকপনা অৱাংবা থাক্কী ব্রাহ্মনশিংগা লোয়ননা প্রজাশিংদা চত্থরম্বা খুনাইগী অমসুং লাইনীং-নাংকী ওইবা অওং অনৈগী থবক অসিগী মায়োক্তা নাওরিয়া ফুলোনা খোঙফম হন্দনা চেৎনা লেপখিবা অসি মণিপুরি জাতিনা মশাবু মশানা মশক খঙজনবগী *নেসনেল কনসায়সনেস পোলিটিকেল প্রোসেস* অমনি। থৌওং অসিবু *'অপোকপা ঈহৌ/সনামহী ঈহৌ'* হায়না মপাম্বোংদা লৌনরবসু অশেংবা শক্তমদি, মনুং অমদি মপানগী ইথিলনা পীরকপা অপঙ-থাজগী কুয়োম অদু লংশেকখিদুনা ঈশানা ঈশাবু মশক খঙজনা লেমজনীংঙাই ওইরবা জাতি (মণিপুরি) অমা ওইনা হিংহন্নবা হোৎনবগী নেসনেল প্রোসেসনি। অৱাংবা থাক্তা লৈবা ব্রাহ্মনশিংগী লাইনীং নাংকী ওইবা চাওথোকচরবা নাপলনা মণিপুরি মীয়ামগী মফমদা চত্থরম্বা পুবা থাংবা ঙমদ্রবা টেক্স ময়াম অমা নমলৌ লৌবগী ওইবকখিবা ফৎচীল্লক্লিবা শেম্মিৎলোনগী ফীবমদা মহাকপু পুলিস সব-ইন্সপেক্তর অমা ওইনা ফম থাদোকহনবা তাখি। মণিপুরি মীয়ামগী সোসিও ইকনোমি ফগৎনবা থবক থৌরম কয়া মায়পুননা পায়খৎখি। অসিগুম্বা মরম চাবা থৌওংশিং অসিদা মণিপুরি জাতিবু কঞ্জনিংবা ভাব তাবা মীতৈ হিন্দুশিংদা নত্তনা মজাতিবু নুংশিজবা মীতৈ বামোনশিং চোংথোরক্লুনা মহাকপু শৌগৎখি, মহাক্কী চেৎলবা খোঙলোয়শিং ওইখি।

মহাক্তা লমজিংদুনা ইং ১৯৩০ দা কাছারদা লিংখৎখিবা *'অপোকপা মরুপ'* অসিমক মীতৈগী য়েলহৌঙৈগী ওইবা লাইনীং নাৎ চাওখৎনবা হোৎনবদা নত্তনা ঈরমদম ইজাতিগী সোসিও-ইকনোমি ফগৎহনবা অমসুং নেসনেল কবেক্তব চেলহন্নবগী জাতিগী ওইবা খোঙথাঙ অমা থাংদোকপনি। মসিনা হিন্দুগী পুন্সি মহিংগী অপঙথাজগী লৈচীল অদু তাকহন্দুনা চম্না-লায়না হিংবা মণিপুরি জাতিগী অচুম্বা পুন্সিরোল অমা পীনবা হোৎনবদা নত্তনা কলচরেল নেসনেলিজমগী ঈফুৎ পীরিবা, থৱায় হাপ্লিবা স্কুল অমা ওইরি। জাতিগী ৱাখল্লোনগী স্কুল অসিবু খোঙবী মরায় কাঙনা মায়থিবা পীগে হায়না লাকখিবা শকনায়বশিং, অখঙ অহৈশিং ওম্বোক্লা য়ামখ্রে, পূম্নমক্তা মায়থীরগা হনখিবা ঙাক্তনি। মশানা মায়থিরে হায়বা য়াজনা, মশানা পুরকপা নাপলগী কুয়োম অদু মাঙখ্রবা মতুংদা মহাক্কী থম্মোয়বু ইকায় খুম্নরগা হনখিবা ঙাক্তনি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মতমদুগী ব্রাহ্মনগী নিংথৌরেল অতোম্বাপু শর্ম্মা, গৌরাঙ্গগী মশু-শুরোল নরত্তম মিশ্রা, কাশিগী দিগবীজয় পন্দিট, মহারাজ কুল্লচন্দ্রগী মচানিপা টিকেন্দ্রধজ অসিনচিংবা পনবা য়াই। মতিক মগুণ লৈরবা মীশকশিং অসিনা স্কুল অসিবু মায়থীবা পীদুনা পুম্মুৎ মুথৎকে হায়না লাকখিবদু মরৈবাক মজাতি নুংশিবগী ঈচেল অসিদা শুমহৎতুনা হনখিবনি, অমসুং স্কুল অসিগী মগুণ হাপ্নবা লাকখিবা ওইনা থোকখি।

অতোমবাপুনা ফুলোবু মাংঙি হায়দুনা মরৈ য়েৎনরিঙৈ মতমদা মহারাজ চুরাচান্দনা মরক থৎলদুনা ***'ফুন্দ্রেবু মাংঙি হায়বা তারবদি নিংথৌ ঐহাক হাম্না মাংলবনি হায়বা খঙঙো'*** হায়রম্লগা লেঙশিনখিবনি। থৌদোক অমদা নিংথেম কুল্লচন্দ্রগী মচানিপা টিকেন্দ্রধজনা ফুন্দ্রেগী য়ুমদা লেংঙক্লগা মহাকপু ব্বারক্লবা হোৎনখি। অদুবু মহাক্কী মরীক চুম্লবা ব্বাহৈশিং তাবদা পেল্লদুনা **'লাইনীংহল'** হায়বা মিংথোল পীরম্লাগ হনখি। মতৌ অসুম্না, লাইনীংহলগী খোঙথাংদা খুরৌ থাংলকখিবা খোঙকাপ খুদিংমক অদু ইকায় খুম্নবগী লৈপরেং ওস্থোক্তুনা লাইনীংহলগী ঙকশমদা হুকখিবা ঙাক্লি অমসুং স্কুল অসিগী ব্বাখল্লোন অদুবু ইকায় খুম্নরগা হনখিবা ঙাক্লি।

লাইনীংহলগী য়াম্না মরুওইবা খোঙথাং অমদি, মীতৈগী আইডেন্টিটি কন্নবা হোৎনবদা অরানবা পুব্বারী শেমদোক্তুনা অশেংবা অচুম্বা পুব্বারী শকখঙনবা হোৎনরম্বা অসিনি। লমদম অসি মহাভারতকী মণিপুরনি অমসুং ঐখোয়বু আর্য্যগী মচা মশুনি হায়জীন্দুনা লান্না লমজীংবগী থৌওং অসিগী মায়োক্তা মহাক্না লাইরিক কয়া ইদুনা অমসুং লাইনীং লাইশোলগী থৌরমশিংদা শরুক য়াদুনা চুমথোক্লবা হোৎনখি। মসিমক লাইনীংহলগী পুন্সি তেনখিবনা অরোইবা নাইনা চেনা থুপচিল্লম্বা ঙম্লমদ্রবসু অচুম্বা তানবগী ঈহৌ অদুদি থৌনা ফনা লময়ানখি অমসুং চহীচা অমা কল্লপ্না শোক্লগদবা লানফমগী অহানবা চায়নপুঙ থোল্লমখি।

লাইনীংহলগী মতম চুপ্পদা লংদুনা লৈরগদবা খুদোল অমদি নুমিৎ কাপ্পা পুয়ানচিংবগী হৌরকফম ওইবা ***'সকোক সলাই থীরেন'*** কৌবা কংলৈরোনগী পুয়া অসি পুথোক্তুনা থম্বিরম্বা অসিনি। ঙসিমক চয়েৎ-চনৈনরবা অমম্বা মরক্তা নোংঙানবা ঙাইনা লৈরিবা মীতৈ ময়েকশিংগী মনুংদা ***'মীতৈ য়েলহৌ ময়েক'*** হায়না লৈরিবসি হায়রিবা পুয়াসিদা য়ুম্ফম ওইবনি। ঙসিগী তাংলৌ অথেঙবীগী লনগৈনুংদা মঙাল থোক্তুনা লৈরিবা ময়েক অসিনা অদুঙৈগী মণিপুরি জাতিগী ইজ্জৎ কনব্রবনি অমসুং জাতিগী পুক্লিং থৌগৎব্রবনি। অসিগুম্বা কান্নবা লৈব্রবদি অমসুং পুয়ানচিংবা হেরিটেজগী পোৎলমশিং খঙদোকপগী কান্নবা লৈরবদি লৈবাক মীয়াম্না নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মসি মাঙহনবা চুমদে হায়রকখিগনি। হৌজিক্কী ওইনদি, ষ্টেট গবর্ণমেন্টনা রিকোগনিসন পীদুনা রিসার্চ্ ব্বাক্কীদমক প্রিজার্ব তৌবা থোইদোক্পা মথৌ তাই।

মতৌ অসুম্না লাইনীংহলগী ব্বাখল্লোন মতুং ইন্না, মণিপুর পুব্বারীগী অরংবা মতমদি পামহৈবা নিংথৌ মমাঙগী মতম ওইবনা, হায়রিবা য়েলহৌ নাৎ অদু ঙসিগী থোঙ্গাল ফাওদুনা তুংলমচৎ তাবা লম্বী ফাওবা পুথবনা মীতৈগী শক্তম কনবা ঙমগনি অমসুং অপঙ থাজদগী নাম্থোক্লবা মীতৈগী পুন্সি মহিং শেম্বতনা খুন্নাইগী ওইবা শেম্মিৎলোন ফগৎহনবা ঙমগনি হায়বসি ফুলোগী স্কুলনা হায়রি। ঙসিমক্কী মীৎয়েংদদি, মীতৈ হিন্দু, মীতৈ বুদ্ধিষ্ট, মীতৈ বামোন মীতৈ পাঙল অমদি অতৈ য়েলহৌ ফুরুপশিংনা তোঙান তোঙানবা ধর্ম চৎচরবসু লমদমসিগী য়েলহৌ নাৎনচিংবা খিবিক অসিগী লীক্লম কায়দনা পুথবতনা ঈরৈবাকপু নুংশিবগী খুদম্নি অমদি মণিপুরি জাতি অসি পুব্বারীগী তোরৈ খুদিংমক্তা মুৎপা নাইদনা মঙাল নাইনা পানবা ঙমগনি হায়বসি লাইনীংহলগী চেৎলবা ব্বাখল্লোন্নি। ❑



## লৈখিদ্রবা মতুঙসিদা

"....... ঙসিগী লৈঙাক, মীরেপ মীখল অসিনা ঐখোয়গী তুংলমচৎ পুরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈতে। মখোয়বু থাজহনবগী থবক করম্বা মতমদা লাক্কদবনো খঙদ্রে। কুইরে মখোয়না থোকহল্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া। থোকহৈদ্রবা ৱাথোক লাম্ভোকশিং কয়া অসিনা নুপী লান লেপহন্দ্রি।অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈ কয়া অসি নুপী লান্না থেংনদৌরিবনি। ইশুনুপী লুংনিলা এলিজাবেথ হাৎপা মীহাৎপবু ঙসি ফাওবা থিবা খঙদ্রি। ঐখোয়না ইন্দিয়াদা তিল্লুবদগী অৱাবা হেন্না তারকখ্রে, ইচা-ইশু কয়া অমা মরাল থঙজিনবীরগা হাৎতোকপীরি। নুপীগী ইজ্জৎ তেমশিঙনরি। ঙমখৈগীদমক্তা পুক্লিং লুম্বা ফিভম লৈতে। ঈফুরুপ মশেল হাৎনবদা মখোয়না নীংঙায়দনা য়েংদুনা লৈ। সীফায়-থানানা পীরিবা অকি-অখঙ, মীওৎ মীনৈনা মণিপুর পুম্বা লৈতাদবা ওইহল্লে। তৌশিন্নবা কাপ্লবীদা ঈশু-ঈচা ময়াম অমা হাৎতোকপিখ্রে। মসিবু ইন্দিয়াদা তিল্লুবগীরা ? পুম্নমক অসিনা নুপী লানবু মখা শমথহল্লিবনি। ঐখোয়গী নুপী লান হায়বা খুদোল অমখক ইমাশিংনা থম্বীরম্বসি সনা লুপা লাক্ষ কয়াদগী হেন্না মমল য়াম্মী। মসি লৈরমদ্রবদি ঐখোয় অসি অন্দরগ্রাউন্নি হায়বীগনি। অদুনা হৌজিক লৈবাক অসি য়ানদ্রি, (নুপী লান ওইনা) ঐখোয় থেংনখিসি .........." ।

ৱাহৈশিং অসি ইং ২০০৩, ডিসেম্বর ১২দা ইম্ফালগী থাঙমৈবন্দ এঠলেটিক য়ুনিয়ন (থাউ) লম্পাক্তা পাঙথোকখিবা নুপী লান নীংশিং থৌরমদা পুন্সিগী অরোয়বা পব্লিক ফংসন অমদা ঙাঙবা ওইনা ইমা কোম্বীনা ঙাঙবীখিবা ৱাহৈশিংনি। হকচাং ঙমদ-ঙমদনা মী ৩-৪ না নাক-য়েক শমদুনা পুরক্লগা ইমা লেংঙকপা খোয়রাংনা ঙাইনরিবা মীওই লীশিং কয়া তিনখিবা থৌরমদুদা ইমানা য়াম্না পাঙ্গল লৈনা (শোল্লবসু পাঙ্গল ফুদোক্লা), ইন্টিগ্রিটি লৈনা অরোইবা ওইনা ঙাঙবীরমখি।

অদুবু মসিগী মতুঙদগী ইমা কোম্বী কুইনা হিংলমদ্রে। খুনাই অমগী খ্বাইদগী মরুওইরবা পুন্সি অসিনা জাতিগী হিহোল অসিদা কুইনা শরুক য়ারখো হায়না তমলমদ্রে। অরি-অনৌ শিন্নবগী শক-মায় য়েংনদ্রবা মতমগী কাংখোঙনুংদা নুমিৎ ৫০না লৌতুনবগুম্না থোকখি মীয়ামগী মফমদা। মীতৈ লৈমা কোম্বীগী পুন্সিবু মীরমলেন দগী অমুক হন্না হল্লক্করোইদবা মফমদুনা ইং ২০০৪, ফ্রেবুৱারী চৈচৎ অমগী মনমগন দা থোংগত্তুনা ঐখোয়গী ঈরক্তংগী শেন্তুনা পুবিখ্রে। পাম্মুইদকো ইমা মহাক্না চৎখিবশে। মণিপুরি জাতিগী হী-য়াই ওইবী, ঙসিগী চিরবা তাঙ্ককসিগী ইমাগী ফিদম চপ চানা পুদুনা লাইরেম্বীগুম্না লাংওল্লম্বী অতাঙবীনি।

ধৰ্ম অমসুং খুনাইগী ওইবা মায়কৈদা য়েংলুরবদি, ভারতকী মমি অসি য়াম্না পেন্নিংঙাই ওইদ্রে। সেড্যুল কাষ্ট, সেড্যুল ট্রাইব অমসুং চাওখৎপদা খোঙহৌ থিলহৌরবা মীয়াম কাঙলুপকী য়াইফহনবগী মরীদা আইন শেম্বগী ৱাপম য়েংলুরগা, ভারতনা *য়ুনিটরি সোসাইটি* (মপুম ওইবা খুনাই) অমা শেম্বা ঙম্বগী মমি ঙসি ফাওবা তাদ্রি। অসুক্কী মতিক খেন্নবা লোল য়াম্না ঙাঙবা, অমসুং লম লমগী খেন্নরবা চৎনবীনা চয়োম য়োম্লগা চৎনরিবা ভারতকুম্বা লৈবাক্তদি মপুম ওইবা খুন্নাই অমা পুরকপা হায়বসি অৱায়বা কোৎ ওইগনি। মনুংদি ফুন্দনা হোত্রোং হোরগা মপান্দা মালহন্দুনা লাকপা হৌখিবা চহী ৫০ অসিদা শোকচিনবা হেনখিবসু ঙসিগী থৌরম্না উৎলি।

সোভিয়েট য়ুনিয়ন কীহুম্ববা মতুংদা য়ুনাইটেড ষ্টেটস মচীন তুমখৎলকপা মতমদা ভারতকী ফীভম য়াম্না লুশিলহনবা অমা থোকখি। ভারতকী ইকোনোমি অসি সোভিয়েট ইকোনোমিদা য়ুম্ফম ওইরুবনা, মালেমগী শেঞ্জাও পায়বা ইনাক খুনবা কাঙবুগী মীনুংশি ফঙখিদে। মতুং তারকপদা, রুশিয়া ফাওবনা *ওপন মার্কেট ইকোনোমি* চৎনিংবগী অপাম্বা উৎলকখিবা অমসুং চিনা ফাওবনা *দনকেল ড্রাফ্ট টেক্স* চৎনবদা য়াথোকখিবা অসিনা ভারতসু লম্বী হোংবা তাখি। জি ৭, জি ১২ অমসুং GATT (General agreement on Tarifs and Trade) কী মেম্বর লৈবাকশিংবু পেলহন্নবা হোৎনবা তাখি। মসিনা তাকপদি, ভারতনা লিবরেলাইজেসন খোঙকাপ লৌদুনা গ্লোবেল মার্কেটতা চঙশিল্লক্কি হায়বসিনি। হায়রিবা লিবরেলাইজেসন পোলিসি অসিনা মল্টিনেসনেলশিংগা শম্নবগী লম্বী য়াংখি।

ভারতনা মশাগী শেল থুমগী রিছোর্চ অসি কোন্নদবা মরমনা ইন্টরনেসনেল মোনিটরি ফন্দ অমসুং ৱার্ল্ড বেঙ্কতগী অচৌবা লোন কয়া লৌনবা হোৎনরি। লুরিবদি, ফাইনান্সিয়েল বোডি অসিনা TRIMS & TRIPS কি নিয়ম মখাদা তৌদ য়াদে হায়দুনা ননশিল্লিবা ৱাফম অসিদা ভারতনা মপূং ওইনা য়াবা ঙমদবসিনি। ভারতনা মফম পূম্বদা চত্থরিবা নেসনেলাইজেসনগী অকনবা কুয়োম মনুংদগী লিখোরকপা ঙমদনা লৈরি। অচৌবা শক্তিশিংবু পেন্নবা হোৎনবদা নানফেৎ নানফেৎ মমুৎ তারুদবা খিবিক অসি ফল ওইনা লৈহৌবগা লোয়ননা *নন প্রোলিফরেসন ট্রিটি* সহি তৌ হায়বা য়াদবগী কহয় অসিদা পুল্লগা হান্না মৈথক্তা ঊৌদুনা মহি কংদুনা লৈরুরবা ইণ্ডিয়ান ইকোনোমিদা খুরৌ থাংহল্লি। মরম অদুনা ASEAN লৈবাকশিংনা ভারতগী মমি য়াম্না হেন্না ফজরি অদুগা ইং ২০৫০দা মালেমগী মপু ওইগনি হায়দুনা হোৎনরিবা চিনানা পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্দুনা চৎলি।

হায়রিবশিং অসিনা ভারত অপুম্বগী ওইবা মতমসিগী সমস্যা অমা ওইনা লৈহনখ্রগা অৱাং নোংপোক্কী লম, মরু ওইনা মণিপুরদি অৱা অনাগী শরুক কয়ামুক হেন্না পুরি। অৱাবগী মমীং অনী অহুমখক পনবা তারবদি, পোলিটিকেল করপসন্দগী দাগ হেঞ্জিনখিদুনা খুন্নাইগী পুন্সি ঈচেলগা শমজিন্নখ্রগা তৎপা লৈতনা চেন্থরিবসি পনবা তাই। মদুবু কনবীনবা

মীতিনশিংদা মসি ইমানা তোয়না পনখি। লুচিংবশিংগী মরক্তা মোত মান্নদদুনা পূনশীন-তাশীন্নবা ঙমহৌদবশিং পুৱারীগী ঈরোম্নুংদা লুপথখিবগী ৱাফম অসি ইমানা তোয়না পনখি। ইমাগী পুন্সিগী অরোয়বা মীৎকুপ য়ৌরবদা - "....... ইচাশা নখোয় পূনশীন্নৌ, ...... নীঙতম্লগা ঐখোয় নুংঙাইরকখিনি ........।" (হুইয়েল লনপাউ, ফেব্রুৱারী ২, ২১০০৪) হায়না হায়বীরম্বা ৱাফম অসিনা মহাক্কী মরুওইবা ৱাখল্লোন ওইদুনা পুন্সিগী অরোইবা মীৎকুপ ফাওবদা পাউমেল্লম্বা অসিনা তাকপদি ইমা কোম্বী য়া ওলগী লুচিংবিনি। পুৱারীগী চিরবা তাক্কক অসিগী লম্মুক্লরবা মীয়াম্বু জাতিগী লম্বী লমতাকপদা লময়ানবগী মরুওইবা শরুক য়ানবা ইমা লৈবাক্লা পীরকপা খুদোল অমনি। ঙসিগী তুহৎপীবা, নমথবীবগী চৈথেঙ ফংলবা খুনাই অসিনা অওনবা অনৌবগী খোঙফম থিরক্লবা মতমসিদা থৌনা ফনা চোংথোক্কুনা লমজিংলম্বা অশেঙবা লুচিংবনি ইমা কোম্বী।

ঙসিদি ইমানা লৈখিদ্রবা মতুংসিদা ইমাগী অহাঙবা মফমদু হেন্না হেন্না ময়েক শেংলক্লে। নহাক্কী হাঙলবা নফমদু ঙসিফাও কনানসু মেনঙমদ্রে। মতমদুগী য়েক্লরম্বা মীওইশিংনা ফাওবা নগুণবু শীঙথারক্লে ইমা! পাম্মুইদকো হে মীতৈ চনু' নহাকপু তশেংনা ইমা লৈবাক্লা পীরকপা খুদোল ওইরবদি মরৈবাক মজাতিগীদমক কখোকপগী লৈহাও চেল্লবা লমদমসিদা নাপীনা হন্না হন্না ময়োল চোংবগুম্না নঙগুম্বী কয়া লমদমসিদা শোয়দনা থারকফম থোকই। মখোয়গী তুংদা মীয়াম পূন্না লেপ্পনা অমসুং নহাক্লা পামজরম্বা ৱাখল্লোনশিং থবক ওম্থোকপনা নহাক্কী লমন শিংবা শক্লগে-কো হে! ইমা! ❑

# হিজম অঙাং

## মণিপুরি নেসনেলিজমগী ঈচেল ঈরাওখোলদা

এংলো মণিপুরি লান (১৮৯১) দা মায়থীরবা মতুংদা কোলোনিয়েল লৈঙাক্লা খোয়খা লিনখা থাবগী থৌওংগা লোয়ননা চথরকপা মতমগী খুঞ্জায় লৈচায়রিঙৈ ইং ১৮৯২দা মণিপুর পুৱারীগা তৎন-থানবা য়াদনা মরী লৈনরিবা অমদি, মহৌশাগী তোপ তোপ্না ফজরবা শক্লোন্না লৈতেংদুনা মমা লৈবাক মরমদমবু নুংশিবগী কল্লবা ঈচেল চেন্থহল্লিবা থোইদোক্লা পুক্লিং হুনা ফজরবা সামুরৌদা পোকখিবা হিজম অঙাংহলনা শুপ্নগী চহী ৫১ খক্তমক হিংলম্বা মহাক্কী পুন্সিদা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা, খুনাইগী সেবা তৌদুনা, ড্রামাগী ফম্বাক্তা কাখত্তুনা লিলা শান্ননবা মী খোমদুনা, ড্রামা হোল শাদুনা, মশামক ঈশৈ শক্তুনা, নুপী খুনাইবু য়োকখত্তুনা, মান্নবা খুনাই পুরক্লবা হোৎনদুনা মীওইবা মপোক্কী পুন্সিগী মমল লেপ্লম্বা অমসুং হামচেৎ হামপোইনরুরবা মমা লৈবাক মণিপুরি জাতিগী থৱায় হাপ্তুনা জাতিগী অরংবা তুংলমচং

শেল্লবগী পাঙলমখিবা থবকশিং নৌহৌনা নীংশিংলুবদা অঙকপগী মশক ওইরি। সামুরৌদা খোয়রীল নাউফম ফুল্লবসু ইমা লৈবাক্কী থমোয় ওইরিবা ইম্ফালগী য়াইস্কুল মোইরাংখোমদা মশাগী চহী ১৪ শুবদা পুখৎলক্তুনা মথোক কারকপগী খঙনীংবা, তম্লিংবা, য়েংনীংবা হৈনীংবগী ঈথৌ লাংলকপা পুন্সিগী তাঙ্কক অসিরাইদা খুঙ্গং অমসুং ইম্ফালগী খেন্নরবা যুম্বাল কৈবাল, ফিদম লৈবা অচীকপা ইমুংদগী তুরোন্নবা শুমাঙদা নাপীফাও হৌনীংদবা ঈশৌ লাংবা ইমুংগী শক্তম, খুঙ্গং অমসুং সহরগী খেন্নরবা পুন্সি মহিং কয়া অসিবু মঙোন্দা উহন্নবগী তাঞ্জা ফংহনখি। খেন্নরবা পুন্সিগী মচুশিং অসিবু মঙোন্দা খন্দোক - খঞ্জিল তৌহন্নবগী হৈনিংবা পোকহন্দুনা করম্বা লোলনা অমসুং থৌওং থৌদৌনা খুনাইবু তাশীন-খোমজীন্দুনা খুনাইদা অফবা ফত্তবা মশক করম্না তাক্কদগে অমসুং করম্না মায়ওল পীগদগে হায়বগী মরমদা লংলা লংজীন থিনবা অমসুং থৌপাঙনবা মাগী থমোয়দা ফাওহনবগী তাঞ্জাদু পীখি, ফংখি, তাঞ্জাদু মাঙহনখিদে।

নুপীবু লাইরিক হৈহন্দবা হায়বা বর্নভেড হিন্দুইজমগী পথাপনা শুদ্রগী নুপীদা নত্তনা ব্রাহ্মন, বৈশ্য, ক্ষেত্রিগী নুপী ফাওবা লাইরিক তমহন্দনা ইমুংদা নমশীন্দুনা থম্বদু মহাক্না য়ানিংখিদে। মসিগী ইমুংগী অমসুং খুনাইগী প্রোব্লেম লাকপনি হায়বসি মহাক্না খঙখি। মহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী অহানবা অমসুং খ্বাইদগী মরুওইবা পুন্সি শিন্থাদি নুপীবু লাইরিক হৈহনবা অমসুং নুপীগী থাকপু ইনখৎনবা হোৎনবা অসিনা ওইখি।

নুপীবু মহৈ হৈহন্দুনা মশিল নাইহন্দুনা সেল্ফ রিয়েলাইজ তৌহনবসি অঙাংহলগী অচেৎপা আশানি। ইমুংগী অমসুং খুনাইগী মান্নবা মফম কনবা ঙমদ্রবা নুপীবু ফোর্মেল এড়ুকেসন পীদুনা ফংফম থোকপা মগুন নীংথিনা ফংহল্লবদা মণিপুরি জাতি মাঙদা চৎখৎকনি হায়বসি মহাক্না ইবা লাইরিকশিংদা উৎলি। মীতৈ পুন্সিগী থাক রাংহল্লিবা মাগী লাইরিক্কী নুপীশিং লাইরিক হৈবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অসুম্না মহাক্কী অইবশিংদা নুপীগী মফম চাউনা কনবা অমদি নুপীগী মরীদা শীঙথাবগী রাফমনা হেন্না নম্না থেংনৈ। মসিনা তাকপদি মাগী থমোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা নুপীগী মফম চাউনা কল্লি। মাগী অইবশিংদা তারিবা শক্লোন অসিনা মহাকপু ফেমিনিষ্ট রাইটরনি হায়বদা চিংননীংঙাই লৈতে। মহাক্কী পুন্সিগী চহী নিফু হায়রকপদগী ৪৮ ফাওবগী মনুংদা (১৯৩২-৪০), মহাক্কী মগুণ লৈরবা লাইরিকশিং অসি লোইনমক পুথোকখিরম্মী। মসিগী মমাঙদসু মহাক্না সোসিয়েল ৱার্কর ওইরম্বা, ঈশৈ, ড্রামানচিংবা তৌরম্বা থবকশিংগী মনুঙদসু নুপীগী ঈহৌগা মরী লৈননা থবক তৌবনা অয়াম্বনি।

য়াউশঙদা নুপীমচাশিং আবের তৈবীদুনা নুপীবু ফাগী, কুম্মৈ তৌফম ওন্থোকপসি মহাক্না কন্না য়ানীংদে। মসিদগী মশা মশা খঙনা অমসুং য়ানীংনা নাথৈহন্নবা মহাক্না ওর্গেনাইজদ ওইবা লম্বী পুথোকখি, য়াউশঙ স্পোর্টস হৌদোকখি। অসুম্না নুপী খুনাইবু চিংখত্তুনা নুপীগী মমল নৌহৌননা খুনাইদা লেপহন্নবা হোৎনরম্বসি কনফ্লিক্ট সিচুয়েসন

হীদাক মনানা হাৎলিবসি চহীগী ওইনা লাক্ষ তরুক্কি হায়রি। ভারত্তা কেন্সরনা নারিবা নুপা অনাবশিংগী মনুংদা তঙ্খায় অমা হিদাক মনানা নাবনি হায়, অদুগা নুপীদনা মরী থোকপগী অমনি হায়। চুরুট থকপা নৎত্রগা হিদাক মনা উল্বা হৈনবা মমা ওইবীশিংনা অঙাং উন্নবা মতমদা অঙাংগী অকুপ্পা হন্থবনচিংবা, ফিভম চুমদনা পোকপা নৎত্রগা মতম শুদ্রিঙৈদা অঙাং শি হায়বসিনি। চুরুট থকপনা থম্মোয়দা কেন্সর লায়না নাহল্লি। চুরুট থকপা মীশিংগী তঙ্খায় অমদি মতম চাদনা শিরি। মরি থোকপগী অমনা মীয়াই চনবফাও নংদনা শিরি। অসুক মাঙ-তাক্লিংঙাই ওইরবা হীদাক মনাগী পোৎথোক্তা এক্সাইজ দ্যূটি ওইনা সরকারদা কারক্লিবা শেনফম চহীগী লুপা ক্রোর ৬০০০ অসি মাঙখিনি হায়বগী নুংনাংবা সরকারগী মায়কৈদা লৈরমগনি।

হীদাকমনাগী পোথোক পুথোকপদা মালেমগী মনুংদা ভারতনা অহুমশুবা খ্বায়দগী চাওবা লৈবাক্নি। ভারত্তা হীদাক মনা থাবা লৌমীগী মশিং অসি লাক্ষ ১০নি হায়না কুপথনা পারি। হিদাকমনা থাবদি লৌউ শিংউবগী শরুক অমনি। কেন্দ্র সরকারনা টেক্স লৌখৎলবসু মদু ষ্টেকী অপাম-পামদবগী মখা পোল্লি। মদুনা *আইসিএআর* না লৌমীগী শীনফম অসি ক্রোপ রিপ্লেসমেন্ট ওইনা অতোপ্পদা ওন্থোকহনবগী তৌফম থোকপা লৈরি। মখা তাবা ইনকমগী লম্বীশিং নীঙথিনা য়াৎপীবা তঙাইফদে। *দব্লিউএচও* গী কনফরেন্স অমা নিউ দিল্লিদা পাঙথোকখিবা মীফম অদুনা ইং ২০০৩দা হীদাকমনা থাবা লেপ্পবা ব্বারেপ লৌখি। দব্লিউএচওগী থৌ পুরিবা ওফিসিয়েলশিংনা মসিগী মরমদা কুপ্পা য়েংশিল্লিবা অমদি মসিদা লুপশিন্দুনা চথরক্লিবা অসি মখোয়গী সংবিধান্না পীবা হক অদু পাঙথোকচবনি, হীদাকমনা কন্ট্রোল তৌনবা তৌদ্র-য়াদ্রবা মালেমগী মীয়ামগী হকচাং ফনা হিংনবগীদমক চথরকপা ঈহৌ অমা ওইনা হায়রিবা ফ্রেমব্বার্ক কনবেন্সন অসি পাঙথোকপনি। মমাংঙৈদগী হৌনা সাইন্স, ইকোনোমিক্স অমসুং রাজনিতিবু টুবেক্কো ইন্দষ্ট্রিনা ফিবুল নমদুনা অমদি ক্কা মতপ্পা চিন পৈহন্দুনা লাকখিবা অরোনবা কিশি থোক্লবা হোৎনগদবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি কৈথেল অসি মুখৎনবা হোৎনগদবনি।

ভারতনা হীদাকমনা য়াম্না পুথোক্লবসু য়ুনাইটেদ ষ্টেটসতগী চুরুট লৌশিল্লিবসি লল্লোনবদা মনীং দমহনবগী থাক্লা ওইহল্লকপনি হায়বগী মরমসু লৈ। অন্ধ্র প্রদেশতা য়াম্না হোঙমনবগী সমস্যা লৈ। কর্নাটকাগী হীদাকমনা থাবা লৌমী ৪০,০০০ হেন্না লৈ। লৌমীশিংনা পুথোক্লিবা পোথোক অদু হান্না লেপ্পখ্রবা চাংদগী হেনবসু য়াদে। মদুদগী হেল্লবদি মাগী পোথোক্তগী চাদা নিফু লৌখৎকনি হায়বা নিয়মসু লৈরি।

নোংচুপ বেঙ্গলগী হীদাকমনা পোথোক্লা চহীদা চাংচৎ ওইনা য়ামদ্রবদা মোন লাক্ষ ৫গী পোথোক পুথোকপা ঙমই হায়রি (১৯৯০ মে ১৭কী ষ্টেটসমেন

উৎপা ঙাক্তনি। ভেল্যুশিং অসি জাতি অসিগী পুৱারী অমসুং সিবিলাইজেসনগী মীক্লমচৎনা ওইহল্লকপনি হায়দুনা উৎলি। খুদম ওইনা, খম্বা নোংবান অনীমক লৈবাক্কী থৱায়নি, লৈবাক নিংথৌগী পাম্বোম অনীনি। অপীকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইবনা য়ুমলোন্নবা লৈবাক অমগা অমগা তোয়না লানথেংনৈ, অকনবশিংনা মাঙ থাদুনা চায়নৈ। নোংবানগুম্মা কল্লক-খম্বন চাউবা প্রজাশিং লৈরবসু হুন্দোকপা য়াদে। লৈবাক খুনাইনা চিহে নাইবা মীৎয়েং য়েংবা য়াদে। প্রজাশিং থৌনা ফবা তাই। অচুম্বা চৎপাতাই, মরম ওক্তুনা মরৈবাকপু নুংশিবা তাই। মসি হীন্দু পুন্সিরোলদগী পুমখেৎ খেৎনরবা মীতৈ অমা ওইবগী পুন্সি মমলনি, মণিপুরি নেসনেল করেক্টর শাগৎলিবা মণিপুরি নেসনেলিজমগী য়াঙলেন্নি।

অঙকপদি, মহাকবিনা পীরম্বা আশা, লম্বী অমসুং মীৎয়েংদা মতম পুম্বদা চুমদুনা লৈরগদবা থবক ঙাক্তা পায়খৎলম্বা অসিনি। মসিগী মনুংদা, মহাক্তা মণিপুরি লোনগীদমক রিবোলুসনরি ওইনা অকি অখং লৈতনা পায়খৎলম্মী। কোলোনিয়েল লৈঙাক চথরিঙৈ মতমগী ফিউদেল শক্তিগী মায়োক্তা ৱা ঙাঙবা ফাওবা ঙম্মদ্রিঙৈ মনুংদা মহাকবিগী থোৎলবা ৱাহৈ ৱাতা, প্রমান পাম্থে শীজিন্নদুনা মমালোন চাউখৎনবা ঙমজবী থাদুনা হোৎনখি। সংস্কৃটাইজেসনগী অকনবা ঈচেলদগী থৈরপ তৌরগা য়ারিবমখৈ মীতৈরোল শীজিন্নদুনা মমাবু নুংশিবগী শৈহেক্তা লোয়ননা থৌনা ফনা শক্লম্বা শৈরোলশিং ঙসিগী মীৎকপ থোকহৌদ্রবা অহৈ অশিংনি হায়বা মীরোলনা শীজিন্নবা ফাওবা ঙমদ্রি। কয়াদা মাঙজীল থংলবা নেসনেলিষ্টনো।

শীঙথানীংঙাই ওইবদি,মশামক বৈষ্ণব পুন্সিরোলগী হীন্দু অমা ওইনা হিংলম্লবসু হীন্দু পুন্সিরোলদা মশামক পূমলুপ-লূপশীনখিদে। অমাং অশেঙ খায়দবা মান্নবা খুনাইগী থাক অমা মহাক্তা পাম্লম্মী। বর নিগনবা হরাও কুম্মৈনা সিম্বোলিক ওইবা হীন্দু ঈচেলদা মহাকপু মশা খঙদনা তাউথহনখিদে। গঙ্গা জমুনাগী ঈচেলদা মশা খঙদনা তাউথবগী মহুত্তা মশা খঙনা মরমদম মণিপুরগী লম্মিৎ তুম্মিৎনা চূনবা মওংদা শেমজরিবা ঈহৌরকফম অসিদগী অরি অনৌগী ঈথক ইপোমগা লোয়ননা জাতিগী পুক্নিং শুঙ্কৎনা চেম্থরিবা লমদমসিগী শেংলবা তুরেলগী ঈচেলদা মশা খঙনা ভাব তানা ঈরোয়জখি। মসিদনি, মহাক্কী মমা লৈবাক্তি হীন্দু লৈবাক (ইন্দিয়া) নত্তে হায়রিবা। খোয়রী শাগৎখিবা, নাউফম ফুমখিবা ঈগী হৌফম ঈরৈবাক মণিপুরনি হায়রিবা। "নুংশিবদগী নুংশিবা/পাম্মুবদগী পাম্মুবা/ইমা! ইমা! ইমাতনি ...।" হায়রিবা। ❑

## মণিপুরি নেসনেলিজম য়াকায়হনবীরবা

# শগোলশেম ইন্দ্রমনি

এংলো মণিপুরি লানদা মায়থীরবা মীয়াম্না লোইনম লৈঙাক্কী অরা চৈথেঙ হায়নিংঙাই লৈতনা রানা খাওনখিবা অদুমক্কা নীংতম্বগী লেম্ফু লৈজবা মণিপুরি ফুরুপকী মফমদদি নোম্থদুনা তুহল্লিবা মফম মতমদুমক্তদা মতীঙ থোক্লা লেপখৎখিবগী রারী শীঙবুলনা মণিপুরি পুরারী ওইদুনা লাক্লি। মীখা পোনবগী চৈথেঙ-চৈনাদুমক্কা লাল মতুঙগী মীরোল অমা অনিগী মনুঙদা মণিপুরি ফুরুপকী য়াকায়রোল শরুকখিবা লুচিংবা লময়ানবশিং মথং-মথং থোরকখি হিজম অঙাংহল, নাওরিয়া ফুলো, হিজম ইরাবোত, খ্বাইরাকপম চাউবনা মমা লৈবাক্কীদমক তৌরম্বা থবকশিং পুরারীগী লাম্নমদা মুৎনাথদনা লৈহৌরি। মথঙগী মীরোলদা মঙাল নাইনা থোরকখিবা লুচিংবশিংগী মনুঙদা শগোলশেম ইন্দ্রমনিবু থোইদোক্না পন্নরি। অসিগুম্বা তাঙক্তা থোরকখিবা লুচিংবশিং অসি মণিপুর ইমানা পীরকপা তাঙলবা পুরারীগী খুদোলনি। হায়রিবা খুদোলশিংগী মনুংদা ইন্দ্রমনিদি খ্বাইদগী মোডর্ন ওইবা অমদি দাইনামিক ওইবা রিভোলুস্নরিশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী পোলিটিকেল ওইবা রাখল মীৎয়েং অদুমক ঙসিগী মীরোলনা মপোপ কাইদনা চঙশিন্নরিবা অসিমক্কা তাকপদি মহাক্কী লমজীং অসি থোইদোক্কা মীৎয়েং শানবা পান্দম অমনি হায়বদি নেসনেল ওবজেক্টিভ অমনি হায়বসিনি। মহাক্কা মঙলম্বা মঙলানশিং থবক্তা ওন্থোক্লম্বশিংগী মনুংদা হেল্থ এডুকেসন, স্পোর্টস, মহৈ-মশিলগী লমদা ওজা অমা ওইনা অমদি ওর্গেনাইজর ওইনা, জর্নেলিজম অসিনচিংবা লমশিংদা লময়ানখিবা লুচিংবনি অমদি ওজানি। মরম অসিনা মহাকপু হকথেংননা উনজহৌদ্রবসু অনৌবা মীরোল য়াওনা খ্বায় পুম্নমক্কা মহাকপু ওজা ইন্দ্রমনি হায়না নুংশিনা কৌনরি।

মহাক্কী তাঙলবা মগুণশিংগী মনুংদা হীরম খুদিংমক্কী লৌশিং তানশিন্নবা হোৎনবনি। হীরম অমদা মমুৎ তানা লৌশিং তানশিন্নবা হোৎনবগা লোইননা মদোমখক্তং খঙলগা তোকপগী মহুত্তা পুম্নমক্কা খঙমীন্ননবা হোৎনবগী মোটিভেসন অমা মঙোন্দা য়াওরি। মহাক্কা মঙলম্বা অথুপ্পা মঙলানশিংগী খোঙথাং পুম্নমক্তা মণিপুরী ইমাগী পোকচমল মহয় শিংদোকুবা পান্দম মাঙদা থন্নগা চঙশীনখিবা ঙাক্তা ওইনা তৌখি। মহাক্কী রাখল্লোন্দা মতম অমগী মপাঙ্গল কল্লম্বা জর্ম্মনি, জাপানগুম্বা লৈবাকশিং অসিগী কলচরদা লূ-নানবা, পুকচেল শেংবা অমদি হকচাং ফনা লৈববু মরুওইনা অমসুং ইকায় খুম্ননা লৌরম্বা অদুমক মহাক্কীসু থমোয়না পামজবনি। মদুগুম্না মণিপুরি মীয়ামসু মশা মউ ফনা মবুকচেল শেংনা লৈহল্লবতদা মরৈবাক মজাতিগীদমক মথৌ তাবা খুদোল পীবা ঙমগনি হায়বসিনি। হকচাং ফবা হায়বসি নাদ-য়েক্তনবনি হায়বা অসিখক্তং ইন্দ্রমনিনা লৌদে। হকচাংবু ফরবদি

অৱাঙবা ৱাখল্লোন খনবা ঙম্বদা নত্তনা মতীঙ লৈবা কংলৈ মীয়াম, অনৌবা ফুরুপ অমুক হন্না শাগৎপদা চঙদবা য়াদবা মচাক্লি হায়না লৌখি। মহাক্না থবায় তানা শেমগৎচরম্বা ফিজিকেল কলচরনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপা, হিদান্নবগী অৱাংবা ৱাখল্লোন পুবা, পূক্লিংবু লম হেলহন্দনা খুদুম চনশিনবা, মথৌনা মরীংজেল লৈরবা অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবগী নেসনেল ওবজেক্টিব ওইবা ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরি। মতৌ অসুম্না হকচাং ফবগী লমদদা নত্তনা অতৈ লময়াল্লম্বা হীরম খুদিংমক্তা অমদি মহাক্কী পুন্সিগী খোঙথাঙশিংদা মরৈবাকপু থমোয় শেংনা নুংশিজবগী য়াকাইরোল শক্লা-শক্লা তৌরম্বা ঙাক্লি।

ঙসিগী মীরোলনা য়াম্না কল্লকচবদি, মহাক্কী পোকপদগী লোয়নরক্লবা মী খুদিংমক লোয়নবা হৈবা, মীগী পূক্লিং ফাথবা ঙম্বা অসিমক্রসু নেসনেল প্রোসেসতা য়াম্না পৃকচেল শেংনা শিজীন্নবা হোৎনখিবা অসিনি। কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোকপা ঙল্লমদ্রবা নিংথৌকোনগী থমোয় কয়া য়াওনা মণিপুরগী চীঙমায় চীঙশাং কয়ামুক লমজাও খোন্না পুবা ঙম্বা থমোয়শিংবু মাগী খোমজীন তাশিনবা ৱাঙাঙনা মায়ওন পীদুনা পম্বুং তান্না মোং হাদনা পুরকপা ঙমখি, অঙকপনি। মদুসু নীও কোলোনিয়েল পোলিটিক্সি নত্তবা, মীওইবগী চৎন-লোন ওইবা মীৎয়েংদা তুংগী মীরোলনা মাগী খোঙ্গুল লীরক্কদবা মওংদনি!

তশেংনমক পোষ্ট মর্জর মণিপুর পোলিটিক্সকী ফম্বাক্তা আর,কে, মায়পাকম্না, য়াংমাসো শাসজা অমসুং ৱাহেংবম প্রলাহ্দগা লোয়ননা চৎমীন্নরম্বা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী পোলিটিক্সকী মীৎয়েং অসিমুক ৱাহম্থোক লৈবা অমসুং তুং কোইগদবা ঙসি ফাওবা ফোংনা থোরক্তি। নীংতম্না পাঞ্জরম্বা মণিপুরবু ইন্দিয়ানা নমদুনা লৌশিনখ্রবা মতুঙদা নমথবগী মওংদা হম্থবা থাক্তা ময়োল্লম্না লৈঙাক্লকপা অসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোরকখি। ফংফম থোকপা হকশিং ফংনবা পোলিটিকেল দিমান্দ তৌরকখি। মণিপুরগী পুৱারীদা মুৎনায়দনা লৈহৌগদবা খোঞ্জেলদি মণিপুরসু মনীংতম্বগী থাক্তা লৈগদবনি হায়না য়াম্না ময়েক শেংনা হায়বীরম্বা অসিনি। ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট ওইনা লৈগদবনি হায়বসি মাগী খোল্লাওনি। মসিগীদমক জেলদা লৈখি অমসুং ৱাথোক ওইনরকপদগী ৱাফম অসি ফোংনা মচা পোক্লকখিদ্রে। তৌবদবু মণিপুরগী নীংতম ঈহৌদি ইং ১৯৫৩দগী হৌনা ইন্দ্রমনিনা লুচিংবা মীওই মরিনা হৌদোকখি হায়বসিমদি চুমদুনা লৈরগনি। মহাক্না পোলিটিক্সকী ফম্বাক্তা চেল্লম্বা পাউজেল, মাগী হকচাং শাজেল, চেফোঙ 'মাদর মণিপুর', 'ইরৈবাক' নচিংবনা পীরক্লিবা খুদোলদি তুংলমচৎনা ঙাইরিবা মণিপুরি নেসনেলিজমনি। নীংতম্বা হায়বসি হেক্তা পীথোক্কদবা নৎত্রগা হেক্তা খঙলৌ লৌরুগদবা ঙাক্তা নত্তে, মসিদি মমুন ফানা তানশিল্লগা ফংগদবনি। তীঞ্জং কায়জঙদবা, মশা মউ ফবা, মীথোয় মীহেনবা অমদি অৱাঙবা ৱাখল খনবা ঙম্বা মণিপুরি ফুরুপ ওইদুনা হীরম খুদিংদা মখোঙ মরোমদোম লেপচনবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা শক্লম্বা মণিপুরি নেসনেলিজমগী য়াকাইরোল ঈশৈনা ঙসিদি খোম্থাঙ য়ৈরক্লে, হেন্না নিল্লক্লে। ❑

# ডাক্তর হুইরোংবম অতুলচন্দ্র

এডুকেসন ঈহৌ, লাইব্রেরী ঈহৌ, ভোকেসনেল এডুকেসন, হেল্‌ঠ এডুকেসন অসিনচিংবা হীরম কয়াদা লময়াল্লম্বা হুইরোংবম অতুলচন্দ্র ইম্ফালগী খারোমদা নেসনেল হায়বে ৩৯ গী পরীংদা কিলোমিটর মঙা লাপ্পা লৈবা নাওরেম লৈকাইদা ইং ১৮৯৭ সেপ্টেম্বর ১০ দা পোকখিবনি। পোকপা থা অনিদং ঙায়রিঙৈদা অপোকপা হুইরোংবম তুনাল নোঙ্গাখিবদগী মহাক্কী মাম্মা লাইশ্রম অমুজাউনা য়োকখি। অঙাং ওইরিবা মহাক্কী হৈথোই-শিংথোইবা অমদি ঈচঙ থৌবগী মগুণ অমা পোমশাৎননা লৈবা উবদগী মাগী মাম্মনা মহাকপু লাইরিক লাইশু নীংথিনা তমহনখি। নাওরেমলৈকাই, চীংঙা অমসুং জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লম্লগা শিলোংদা মেট্রিক পাস তৌখি। কোলকতাদগী ***এফ:এ:*** পাস তৌরবা মতুংদা ডিব্রুগরগী মেডিকেল স্কুলদা এলএমপি তমখি। অরোয়বা চহীদা হকচাংগী অনাবনা মরম ওইদুনা পরিক্ষা থাবা ঙমখিদে। মসিদগী মহাক্না হোমীওপেথি তমখি, মায়পাক্না পাস তৌদুনা ***এমবিএফআইবিপিএস (লন্দন)*** হায়বা মিংথোল ফংখি। মসিদা নত্তনা মহাক্না ষ্টৈনোগ্রাফি অমসুং একাউন্টেনসিসু পাস তৌবা মহাক্না অহানবনি।

মহৈ-মশিং তম্বা লোইদুনা হল্লক্লগা মহাক্না ইম্ফালগী জোনষ্টোন স্কুলদা ওজা ওইরম্মী। মেকানিক্স অমসুং একাউন্টেন্সি তম্বীরম্মী। মহাক্না মণিপুরগী রেবিন্যু ডিপার্ট-মেন্টদা হেড ক্লার্ক ওইদুনা থাদা লুপা ৩০ তলব চরম্মী। মতম অমদা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি ওফিসদা লৈরম্বা মেম জোল্লিনা মণিপুরগী ঈয়োংগী ফি মপান্দা থাদোকপগী লল্লোন-ঈতিক্কী ওইবা কম্পনিগী থবক্তা মহাক্না একাউ-ন্টেন্ট ওইরম্মী। মহাক চার্টর একাউন্টেন্ট ওইরম্মী। ইং ১৯৫০ দা মণিপুর গবর্ণমেন্টকী কোটেজ ইন্দষ্ট্রিজ বোর্ড লিংখৎপদা মহাকসু মদুগী মেম্বর অমা ওইখি। মণিপুর ষ্টেট বেঞ্চ পঞ্চায়েট (লো মেকিং বোডি) গী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরম্মী। শিনফমশিং অসি ওইজরবসু খ্বাইদগী লেমজনীংঙাই ওইনা লেপ্পা লৈতনা মহাক্না পায়খৎচরম্বদি পুন্সি চুপ্পা কবিরাজ ওইনা লেনখিবা অসিনি। মেডিকেল অমসুং হোমিওপেথি অনীমক্কী লৌশিংগা লোয়ননা ডাক্তর অমা ওইনা মীয়ামদগী পৈশা অমত্তা লৌদনা পুন্সিগী অরোয়বা মীৎকুপ ইং ১৯৫৯ ফাওবা মীয়ামগী সেবা তৌখিবা অতাঙবা মীশক্নি। অতুলচন্দ্রনা মপান্দা লৈরিঙৈদা উরকখিবা, তম্লকখিবা অমসুং হৈরকখিবা কয়া অদু মরমদমদা হল্লক্লবা মতমদা থবক ওইনা মচা খায়না খায়না পাঙথোরকখি। মদুগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্না শীংথানরিবদি, এডুকেসনগী ঈহৌ অমসুং লাইব্রেরী ঈহৌ পীবা অসিনি। ইং ১৯৩৭ দা ভোকেসনেল এডুকেসন্দা যুম্ফম ওইবা পোলিটেক্নিক স্কুল লিংখৎখি। স্কুল *অসিদা **টেলরিং, কেন এণ্ড বেম্বু ব্রার্ক্স, জগোয়-ঈশৈ, ফি শাবা, শউন নোইবা, ইমব্রোইদরি, ব্লেকস্মিঠি, কার্পেন্টরি, স্মোল স্কেল ইন্দষ্ট্রি*** নচিংবা হাংদোক্লম্মী। ট্রেডশিং অসিগী ওজাশিং মপান লমদা ট্রেনিং থারম্মী। হিন্দী অমসুং সংস্কৃতকী ক্লাসসু হাংদোক্লম্মী। অনীশুবা লাঞ্জাও লোইরকপা ইং ১৯৪৫-৪৬ দা অশাং তোম্বী

(মিনকেতন) না হেড মাষ্টর ওইরবা মতমদা হিন্দিনা মেডিয়ম ওইবা স্কুল ওন্থোকখি। অদুবু মথংগী চহীদা তোকখি, মণিপুরিদা ওইখি।

ইং ১৯৩৭ দা লিংখৎখিবা পোলিটেক্নিক স্কুল অসি কাঞ্চিপুর হায়স্কুল হায়না ওন্থোকখি। লান মতুংদা ইং ১৯৪৫ গী মে ৩০ দা মণিপুর দরবারগী রিজোলুসন অমনা কাঞ্চিপুর পোলিটেক্নিক স্কুলগীদমক্তা লৌ পরী মরিগী লম পীখিবদগী হায়স্কুল অপগ্রেদ তৌবগা লোয়ননা ভুংগী আশা চাউহনখি। মসিদা কনাগুম্বা লন্নাইগী ইন্টরেষ্ট শোকপশিংনা মহাকপু লম করাম্বা মীশক্তি হায়না চৈবিখি। স্কুলগী শেমগৎ শাগৎপদা য়ৈখায়-থিনগায়বা কয়া থোকখি। মসিদা নত্তনা স্কুল মেনেজমেন্টকী অৱাৎ-অপা খিবিক্লা প্রোব্লেম অমা ওইরকপদগী শীঙনবা অসিবু খরা চাউবা থাক্তা থেংননবা হোৎনরকখি। অকোয়বদা অমসুং খুঙ্গংগী লমদমশিংদা স্কুল লিংখৎপগী ঈহৌ অমা শাগৎখি। ইং ১৯৩৮ দগী মথঙ-মথঙ ওইনা নামৈরাকপম লৈকাই, ক্যামগৈ হৈবোংমখোঙ, লংথবাল লেফ, লংথবাল কুঞ্জ, খোংজোমনচিংবদা এলপি স্কুলশিং লিংখত্তুনা এডুকেসনগী ঈহৌ শাগৎখি। স্কুলশিং অসি গবর্ণমেন্টনা লৌশিনখি। মহাক্না নুপী লাইরিক তম্বীবদা থোইদোক্না মীৎয়েং চিংশিনখি। থৌওইনা কেম্পেইন তৌদুনা নুপীমচাশিং লাইরিক তমহনখি। ইং ১৯৫২ দা নুপীগী স্কুল অমা লিংখৎনবা হোৎনরমখি অদুবু অহলগী মতম ওইরকপনা মায় পাক্না পায়খৎপদি ঙমখিদ্রে। মহাক্না এডুকেসনগী ঈহৌ শাগৎপদা চীথহৌরবা অহলশিং অমদি নহারোলশিংদা আর্টস এন্দ কলচরগী মতেং লৌরগা মখোয়গী থমোয় য়ৌশীন্নবা হোৎনরম্মী। মতমদুগী শক্লায়রবা লিলা য়াওবা লাইশ্রম তোম্বা, উরিপোক্তগী তোমচৌনা জগোয় অমসুং ঈশৈগী ওজা ওইদুনা তম্বীখি। ইং ১৯৪৭-৪৮ দা **রঙ্গ মন্দির** কৌবা ঠিয়েটর অমা লিংখৎত্তুনা আর্টস এন্দ কলচরগী লমদা চঙশীনবগী মথৌ তাবা লৈ হায়বসি উৎপীরম্মী।

মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবকশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্না শীঙথানরিবা অমদি, ইং ১৯৩৩ এপ্রিল ১৯ দা চিংখম লম্ফেন্দা **'যুববতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরী'** লিংখৎখিবগা লোয়ননা লাইব্রেরী ঈহৌ অমা শাগৎখিবা অসিনি। মসি নাওরেম লৈকায়দা য়াম্না নীংথিনা ফীভম তানা লৈরম্বদগী জাপান লান নংখিবগা লোয়ননা অতুলচন্দ্রগী ময়ুমদা হোংলক্তুনা মতম খরা লৈরম্মী। লাইরিক অয়াম্বা কাঞ্চিপুর হায়স্কুলগী লাইব্রেরীদা লৈখি। হৌজিকসু খরদি লৈরি। অদুবু অয়াম্বদি মাঙখ্রে। হৌজিক নৌহৌননা, মণিপুর ফাউন্দেসন ইম্ফালনা যুববতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরী অসি হিংহন্নবা হোৎনরি। ইং ২০০৫ দগী হৌনা ***'অতুলচন্দ্র নীংশিং মনা'*** কৌবা ফাউণ্ডেসন অমা লিংখত্তুনা চহী অনি খুদিংগী কেস প্রাইজ য়াওবা মনা পীবা হৌখ্রে। হৌখিবা চহীগী মনাদি ককচীং ফৌসুপাৎকী **'লাইব্রেরী এন্দ ইনফোর্মেসন সেন্টর'** দা পীখ্রে।

থোইদোক্না শীঙথাবা য়াবদি, মণিপুরদা লাইব্রেরী লিংখৎনরকপগী অহানবা ঈহৌদা যুববতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরী অসিসু মনুং চনবা অসিনি। মণিপুরদা ইহান-হান্না ***'ইম্ফাল রিডিং ক্লব'*** না ইং ১৯৩০ দা লাইব্রেরী লিংখিবা মতুংদা যুববতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরীনা ইং ১৯৩৩ দা অতুলচন্দ্রনা লিংখিবনি হায়বা ৱাফম অসিদা যুম্ফম ওইরগা হায়বা তারকপদা, ***'মণিপুর ক্লব'*** কৌবা লাইব্রেরী ওর্গেনাইজেসন

অমা ইং ১৯২৭ দা লৈরম্বগী খুদম অমদি ফংলি। মসিগী মতুং ওইরপ্না **‘মণিপুর বুক ক্লব’** কৌবা অমসু লৈরম্বা থেংনৈ। মসিগী হেক মথঙদা ইং ১৯৩১ জানুৱারী ১ দা **‘মণিপুর ক্লবস লাইব্রেরী’** হায়বা অমসু লৈরম্মী। মসিগী মথঙদদি অতুলচন্দ্রনা মদুবু ***‘যুববতি মেমোরিয়েল লাইব্রেরী’*** হায়না ওঙ্হোকখিবনি। তৌবদবু মথক্কী ওর্গেনাইজেসন অনী অসিগা অতুলচন্দ্রগা কমদৌনা মরী লৈনৈ হায়বগী তাংদাংবা রেকোর্ড ফংদ্রি। করিগুম্বদা মসিনা অতুলচন্দ্রগী ওর্গেনাই-জেসননি হায়বাময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লবদি, মহাক্কী ঈহৌনা মণিপুরদা অহানবা ওইগনি।

তশেংনমক কাউজন থীবা মীওইপোক্লা ঙসি নৌহৌননা অতুলচন্দ্রবু নীংশিংনরকপা অসিদি মহাক্না পীরম্বা খুদোলশিং অসি মমল মতীক চানা লৈবননি। মাগী লাইনীংদি স্কুল অমসুং লাইব্রেরীনি হায়না য়াম্মেম তোম্বীনা হায়খিবদুনি। মহাক্তি মিংচং পামদে, থবক পাম্মি, ৱারেম ঙাঙবর্গী মহুত্তা উহে পাম্বী মচা অমত্তং থারম্বনা হেন্না ফৈ। মহাক্কী মিংদা করিমত্তা থোনবিগনু হায়রম্মী হায়না মচা অতোনবী বেনুবালা অমসুং মচা অহল চাওবীনা হায়বদুমক্লা তাকপদি মহাক ৩শেংনা খুন্নাইগী সেবা তৌবা পামজবা সেবারোয়নি। মরমদি মহাক্না লেল্লস্থশি কাখু মনুংদনি, মতমদুদা মীয়ামগীদমক্তদি কাজাও-কাজাও লিংখৎলম্বনি। ঙসি মঙোন্দা তৌবীমল খঙবা উৎশি হায়রবদি, মহাক্কী ৱাখল্লোন থবক্তা ওঙ্হোকপনা অমসুং মহাক্কী ঈনা হুমাং ওঙ্হোকখ্রবা হোৎনজমলগা লোয়নননা শাখ্রবা কাঞ্চিপুর হায়স্কুল অসিবু ষ্টেট নৎত্রগা সেন্ট্রেল টাইপকী মোডেল স্কুল ওঙ্হোক্লুনা মতম চুপ্পগী ওইনা হিংহনবা অসিতনা ওইগনি। ❑

# মালেমদা পাউদম্নম্বা আরকেসিএস

হৌখিবা চহী খরা অসিগী মনুংদা চৎখ্রিবা নবেম্বর ২০, থাংজ নুমিৎ অসিনা চিংনবা অমদি লাংতক্লবা তাইবঙ অমগী অমম্বা ঈরোলনুংদা চঙশিনখিবা অদুম্মুক য়ৌনা খোয়রাঙবা পোকহনবা লৈবাক্কী ওইবা অতৈ নুমিৎশিং লৈখিদ্রি। মীয়াম্মু থোইদোক্লা খোয়রাঙহনখিবা নুমিৎ অদুগী শক্লোন্দি মনমোহন সিংহগী মণিপুর খোঙচৎকা মরী লৈনবা থৌদোক ঙাক্তা ওইরমদ্রে। মণিপুরগী অতিয়াদা থৱানমিচাক্লুম্না লংলবা ফিজিগী মণি ওইরবা মপারী অমগা লোয়নননা তাইবঙসিদা অমুক হন্না হল্লক্লরোইদবা মায়কৈদা চৎখ্রগদবা নুমিৎ অদুনা মাঙজৌননা পীরম্বা খোয়রাঙবগী চাং ওইরম্লে। লাইয়েকপদা মেডিয়ম ওইরগা মরৈবাক্কী কলচরেল হেরিটেজগী ইনাকখুল্লবা লনগৈ অমসুং নীংতম পুৱারী ঈচেলদা শীঙনরকপা শক্তিশিংবু মায়োক্লবগী ৱারী শীঙবুল মালেমদা লীদুনা লমদমসিগী জাতিসিগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা নেসনেলিজমগী পাউজেল শন্দোক্লম্বা মণিপুরগী ফিজিগী লন আরকেসিএস নুমিৎসিদা

লৈখিদ্রে। নুংঙাইতবা পাউ অসিনা নুমিত্তু মণিপুর মীয়াম্বু অমম্বগী ঈরোলনুংদা পুশিনখিবগুম তৌখি। মহাক্না পীরম্বা পাউজেল মরৈবাক নুংশিজবগী, অৱাংবা সিবিলাইজেসনগী যুম্ফমদা হিংলিবা মীয়ামগী পুন্সিরোল, মীয়াম মরক্তা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী, হৌগ্রবা পুৱারীগী তমথিরবা মরমচৎনা ঙসিগী মীরোলবু নিন্দা তৌহন্দুনা অচুম্বা লম্বী পামহল্লিবা পাউজেলশিং অসি মখা তানা পীবা লেপখ্রগনি। মহুৎ শিনবিনবা মফমদুমক অমুক হন্না ফংলরোই।

মহাক্কী পাউদম্মা থম্মোয় কল্লবা কয়াবু থোংহনখ্রে, খঙ-উররোইদবা কয়াবু খঙহনখ্রে। মালেমগী লৈবাক কয়াগী লুচিংবশিংদা লমদমসিগী সিবিলাইজেসনগী, ফজবা পাম্বগী মপাউ তমখ্রে। নীংতম পুন্সিরোল পাম্বা মণিপুরি অপরাইজিং কয়াদা হৈনদবগুম থোকখ্রবা নেসনেল মিলিটরি অমদি পোলিটিকেল লুচিংবা কয়াদা লিরি খোইরিনা মণিপুরিশিংগী মপাউ তমখ্রে, ভাব তাহনখ্রে, মণিপুরি খুন্নাইবু নুংশিবা অমসুং নক্ননিংবা পোকহনখ্রে। মহাক্কী যুমদা লৈরিবা আর্ট গেল্লরিনা পুখ্খায় অমা চঙদনা মণিপুরগী পুৱারী অমসুং কলচরেল হেরিটেজগী ইনাক খুল্লবা মপাউ খিবিকপু অয়েংবশিংদা, টুরিষ্টশিংদা পাউদম্বা নীংথিনা ঙন্নি। এসিয়া, যুরোপ, অমেরিকাগী লৈবাকশিংদা মণিপুরগী সিবিলাইজেসনগী মপাউ পাকশন্না শন্দোকখ্রে।

গেল্লরি অসিবু য়েংলুবদা অয়েংবা মশামক গেল্লরিগী শরুক অমা ওইরোইদবা থৌনাফবা কনাবু লাক্কদগে ! গেল্লিরিগী হিষ্টরি অমসুং কলচরগী পেন্টিংনা য়েংবা চঙলকপা কনাবু লেম্না থাখিবা লৈগদগে! পূম্নমক মতম অমসুং ফিভম্না মনুংদগী মপান্দা থোকহনখিবা ঙাক্তনি। খঙনা খঙনা লাইরেনগী খায়াত্তা উচেক ওন্দুনা অয়েংবশিংনা চঙনরিবা আরকেসিএসকী গেল্লরিনি। অসুক্কী মতিক শাথিনা মগুণ লৈবা গেল্লরিগী পেন্টিংশিংনি । য়েংলু য়েংলুবা লাইশিংনা পীরিবা কলচরেল সিগনিফিকেন্স, কন্টেমপোরেরিজ, তোপ তোপ্পা মশকশিং অসি মুন্না য়েংলিবা মখে ৱাহস্থোক হেন্না পীরিবা পেন্টিংশিংনি; মদুসু খুন্নাইগী ওইবা অমদি পুৱারীগী ওইবা ৱাহস্থোক ঙাক্তনি। কলচরেল পেন্টিংদা মতম অমগী শকহেনবী মীতৈ লৈশাশিংনা চৎনবীগী মতুং ইন্না লুহোংবা নুমিৎকী ইরুজবদা মখোয় মশেলনা ফিজঙ খন্দুনা মদুগী মরুমদা লুতুংগী শাইনোন খোমগৎপগী শক্তম অদুমক্তনা কয়াদা পাক চাওরবা ৱাহস্থোক পীরিবা ! শকহেনবী লৈশাবীশিংগী শুস্কৎলবা হকচাং কয়াৎশিং অদুনা অরায়বা ওইখ্রে, মদুনা উরুম পীরিবা কলচরগী ৱাহস্থোক অদুনা কয়াদা ফজবা, পাক চাউবা হেল্লিবা ! লমদমসিগী পুন্সিরোলবু কয়াদা নুংশিহনখ্রবা, মহাক্কীদমক কয়াদা চাওথোকচনিংঙাই, লেমজনিংঙাই ওইহনখ্রবা ! ইনাকখুল্লবা লনগৈগী লনচেনবী পুন্সিরোল অসিনা মমা লৈবাকপু কয়াদা নুংশিহনখ্রবা ! অসিগুম্বা মগুণ লৈরবা পেন্টিং ৮০ মুক গেল্লরি অসিদা লৈরিবসি অমনা অমদগী হেনবা ৱাংপা অমত্তা লৈতে, অঙকপনি !

অদুবু মসিদগী থাক কয়ামুক্তা ময়েক শেংনা হেল্লবা পেন্টিং ৫/৬ লৈরি, ড্রোইং রুমদা চেকশিন্না। মাষ্টর পিস ওাক্তনি কলচরগী। পোপুলরিটিদা রাস লীলানি, হীন্দু লৈবাক্তগী চেল্লুরগা মীতৈ লৈবাক্তা রিফাইন তৌদুনা শুংদোক্লগা ক্লাসিকেল ডান্স ওইনা ইন্টনেসনেল মার্কেত্তা থাদোকপা। মণিপুরগী কোক্তা ইন্দিজেনস অমসুং পেরিফরেল হেড গিয়ার, হেড স্কার্ফ, নমখাও, পোৎলোয় ফনেকনা মপাউ তল্লিবা নাৎকী ৱারী শীঙবুলদি লময়ৌনা নীঙথিরে হায়বা য়াই। মথংগী মাষ্টরপিসদা লোই কুম্বগী য়াঙ্গোয় শগোল খম্বনা ফাবা, খম্বা থোইবীগী নীঙথিরবা লুম-লুম লাওবা শুণ চেল্লবা শকফমশিং, শেংলি-চারিবা ফিজেৎ, বেকগ্রাউণ্ডগী শক্লোন অদু উরুরবদি ফনা অহল ওইসনু, খম্বা থোইবীদা ঙাওদনিংঙাই লৈতে। মদুগী মথক্তা অমুক বেকগ্রাউন্দ সিনরি লৈরি। অহুমশুবা মাষ্টরপিসদা মীতৈ লৈশা শকতেনবীশিং ইরুজবগী শক্তম্মি। নীংথিজরবা হকচাং কয়াৎপু অচোৎপা ফিজেৎনা লৈতেংলবসু চুমথাঙগুম্না মচু থোকহল্লি। মনুঙ ফাউনা উনবা হোৎনরিবা মীৎকী পাঙ্গল লোম্নাই খম্নাইদনা লৈহনবগুম তৌরি। নকলপ্না য়েংলগা হেন্না ফজহল্লি, রিয়েলিটি উহল্লি, অঙকপনি! বেকগ্রাউন্দ পীরিবা লৈশাশিংগী থকশি খাশি অমসুং কলচর অসিনচিংবা ফজবশিং অসি উরুবদা ফোরেন্নরশিংনা মীতৈ লৈশাশিংবু কাউবা ঙম্বগী ৱা লৈতে, খোঙচৎ অদুমক্লা পেনবগী ৱা লৈতে। অতৈ পেন্টিং ১/২ সু মাষ্টরপিস ওইনা লৈরি। মদুগী ফজবা অমসুং ৱাহস্থোক লৈবদু অতোপ্পনা হেনবা নত্তে। হায়রিবা মাষ্টরপিসশিং অসি মশা হিংলিঙৈদা লুপা লিশিং ১০ দগী ২০ ফাউবদা মীতোপ্তা পীরম্লবসু হৌজিক্তি লুপা লাক্ষ অমমম পীগে হায়রবা ফাওবা পীথোক্লরোই হায়রি।

মশাগী চহী ৮১ শুরকপদা মশাগী অনাবা অমদগী নোঙ্গাম্বরবা আরকেসিএসনা হিংলিঙৈ মতমদা শিনফম অমা ওইনা লাইয়েকপগী থবক মপুঙ ফানা তৌরমখি। ইং ১৯৪৭ দা *'আরকেসিএস চিত্রালয়'* হায়বা আর্ট ষ্টুদিও লিংখত্তুনা তুংগী মীরোলগী লাইয়েক শিন্দম তম্নবগী লময়ানখি। চহী অদুমক্তদা ভিক্তরি সিনেমা হোলগী **'দেখোজি'** হায়বা ফিল্মগী পোষ্টর য়েকপা হৌদোকখি, অমদি অতৈ ষ্টেজ দেকোরেসন অমসুং পব্লিসিটি দিসপ্লেনচিংবা য়েক্তুনা চৎনবা হৌখি। মদুদগী হৌনা মহাক্কী মমিং অসি ঙসি ফাওবদা অপনবা লৈতনা শিন্দমশঙ অমগুম্না লৌনরক্লি। স্কুলদা তম্নবা ড্রোইং লাইরিকশিং ইরকখি। মহাক্না পায়খৎলম্বা তোপ-তোপ্পা থবকশিংগী মনুংদা পুৱারীগী ওইবা লাইয়েকশিং অসিনি। অখঙ-অহৈশিংগা লোয়ননা রিছার্স তৌরগা পুথোকখিবা থোইদোকপা প্রোজেক্ট অমগী মখাদা মণিপুর পুৱারীগী ইং ১৭০৯ দগী ১৯৪৯ ফাউবগী মরু ওইবা থৌদোকশিং অসি লাইয়েক ওইনা পুথোকখিবদু মহাক্কী মরু ওইবা এচিবমেন্টনি। চহী ২৪০ (১৭০৯-১৯৪৯) গী মনুংদা থোকখিবা মণিপুর পুৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা য়েকখিবা লাই ৭২ দু মণিপুর

ষ্টেট কলা একাডেমিনা শিল্লাগুদুনা জুন ১১-২২, ১৯৯০ দা পাঙথোকখিবা মেলাদা উৎখি মদুবু *লিমকা বুক ওফ রেকোর্ডস, ১৯৯৪* দা চনখি।

মহাক্কী লাইয়েকশিং মণিপুর অমসুং ইণ্ডিয়াগী মফম অয়াম্বদা মণিপুরগী কলচরেল হেরিটেজ তাক্পবা বার্কশোপ ওইনা অমদি মেলা ওইনা উৎখ্রে। মদুগী ইকায় খুম্নবা অমসুং মমল য়াম্লবা মিংচৎকী মনা কয়া মণিপুরদগী অমসুং মপান্দগী ফংলকখ্রে। ইণ্ডিয়া অমসুং জাপান, অমেরিকানচিংবা মপান লৈবাকশিংগী টেলিভিজন্দা দোকুমেন্টরি ফিল্ম কয়া উৎখ্রে। ইণ্ডিয়াগীদা নত্তনা জাপান অমসুং অমেরিকাগী চেফোঙ কয়াদা কোভরেজ পীবিখ্রে। পেন্টিংশিং অসিবু মমল পীরগা পুখিবা নৎত্রগা খুদোল তৌখিবা মপান লৈবাক্কী মরু ওইনা এসিয়া, য়ুরোপ অমসুং অমেরিকাগী শক্লাইরবা মীওইশিংদা নত্তনা এজেন্সি কয়ানি। ইণ্ডিয়াগী মিলিটরি অমদি পোলিটিকেল লিডরশিং, ব্যুরোক্রেটশিং, মিলিটরি অমদি পেরা মিলিটরি য়ুনিটশিং, সিভিল বোডিনচিংবা চা কয়ানা মহাক্কী পেন্টিংবু পাম্লা লৈনরি। প্রাইম মিনিষ্টরগী মণিপুর খোঙচত্তা এআরগী ডিআইজি অমসুং চীফ মিনিষ্টরনা খুদোল তৌখিবা *'কংলা: ডি গ্লোরি ওফ মণিপুর সিভিলাইজেসন'* হায়বদু আরকেসিএসকী ইকোন কোনবা পেন্টিংনি। মহাক লাইয়েকপা অমা ওইবদা নত্তনা স্কলপচর অমসু ওইরম্মী। মহাক্না শারম্বা লৈবাক্কী মুর্ত্তিশিং মীয়াম্না য়াম্না পাম্নে।

মহাক্কী থবকশিং অসিবু মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদা ইণ্ডিয়া অমসুং মপান লৈবাক্কী লুচিংবশিং অমদি শক্লাইবশিংনা থম্মোয় পেন্না শীঙথারবসু ঙসিদি মহাক্না নোঙ্গাম্রবা মতুংদা নীংঙমদবগা লোয়ননা হেন্না শীঙথানরকখিগনি। ইং ১৯৯১ দা ক্যুবাগী দিপুটি চীফ মিসন ভি. রামিরেজ রিং অমসুং সাউথ কোরিয়াগী এম্বাসাদর, ক্যাং টি: পার্কনা শীঙথাখিবা *'পেন্টিং অসিনা মণিপুর পুৱারীবু অমদি ঙসিগী পুৱারীবু থুনমক খঙবা ঙমহল্লি'* হায়বা অমসুং এয়র মার্শেল এমএম সিনহানা মহাকপু চিংনবা লৈতবা জাতিগী লন্নি হায়বা অমদি মণিপুরগী গবর্ণর, চিন্তামনি পানিগ্রহীনা ইং ১৯৯০ জুলাই ২ দা মহাকপু অৱাং নোংপোক্কী খ্বাইদনা খঙনরবা লাইয়েকপনি হায়রবসু ইণ্ডিয়ানা শকখঙবিদ্রি হায়না অঙকপা ফোঙদোক্লি। জাপান ব্রোডকাষ্টিং কোর্পোরেসনগী এ হাসিমোটোনা মহাকপু জাপান্দদি পাক শন্না শকখঙনরবা আর্টিষ্ট অমনি হায়না ইং ১৯৯০ ওক্তোবর ৪ দা ইরকখি।

মণিপুরগী নীংতম লানহৌবু মুত্তনবা সনাগী কালিনা য়েক্লিবা অমসুং মণিপুরগী পুক্নিং ঈহুলবু পুথরিবা নাৎ অমদি পুৱারীবু ওইল ওন কেনভাসদা মুৎনাইদবা মচুনা য়েক্লম্বা আরকেসিএসবু মহাক্কী মমা লৈবাক্না করম্না কাউবা ঙমগনি ! মরৈবাক্কী হীয়াই ওইরবা নাৎ অমসুং পুৱারীবু মালেমগী মীয়ামদা শক্তাক্লবা হোৎনবদা লায়নিং ওইখিবা মহাক্কী মফমদা জাতি অসিগী মীয়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎফম থোকই । ❑

# মর্জর এগ্রিমেন্টকী পুৱারীদা

# ময়েংবম আনন্দমোহন

মণিপুর পুৱারীদা খ্বাইদগী চয়েৎ-চনৈনবা তাঙ্ককী মনুংদা মণিপুর মর্জর এগ্রিমেন্ট অসিবু চহী ৪০/৫০ গী তুংদা ঙসিগী অনৌবা মীরোন্না থোইদোক্লা য়ানীংদবগী খোয়রাঙ খোয়শাওনরবা খোঞ্জেল থোরকপদগী মায়কৈ খুদিংদা খোম্থাং য়ৈনা নিল্লরবা অসিগুম্বা চিরবা তাঙ্কক অমদা চহী ৯৪ শুরবা অদুঙৈগী মহারাজ বোধচন্দ্রগী *এডিসি* ওইদুনা মর্জর এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীবা য়াওরুবা অহল অমনা মীয়াম মরক্তুগী লেপখৎলক্লুনা মর্জর এগ্রিমেন্ট ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ১৯-২১ গী অশেংবা শক্লোন, মতমদুগী খুনাই অমসুং লৈঙাকপগী ৱাখল্লোন, রাজনিতি তৌবশিংগী থৌওং থৌদৌশিংগী ৱারী শীঙবুল অদু লীরি। মর্জর এগ্রিমেন্টকী থোকখিবা অশেংবা ৱারীদগী ৱাফৈ হাপচীন্দুনা লান্না ঙাঙনরিবা কয়া অমা শেংদোক্লুনা মতমদুগী মীরোলনা অমদি লৈঙাকপনা য়েংখিবা ৱাখল মীৎয়েংগী ৱাহন্থোকশিং অমসুং লৈবাক খুনাইগী মরীদা থমখিবা ৱাফমশিং অদু উৎখোক্লি।

মশাগী চহী ৯৩ শুরকপা মতাঙদা হৌখিবা চহী২০০৪, সেপ্টেম্বর ২১ দা ইম্ফালগী কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা লৈবা মশামক্কী শঙ্গায় মাঙ্গোলদা মহাক্লা ইবা লাইরিক *'শিলোং ১৯৪৯'* ফোঙবগী থৌরমদা চহীগী নম্বো পুবদা অৱাবা উৎলবা অহল আনন্দমোহন্না ৱা তপ্লপ-তপ্লপ ইন্টেগ্রিটি, কম্মান্দ লৈনা ঙাঙখিবগী থৌরম অদুনা মহাকপু চেন্নবা মর্জর এগ্রিমেন্টকী তোঙানবা নুমিৎ ওইখি। এগ্রিমেন্ট অসিগী অশেঙবা মশক থোকপা হেনখি। ইং ১৯১১ এপ্রিল ৩০ দা পোকখিবা আনন্দমোহন্না ইং ১৯৪৪ দগী ১৯৫০ ফাওবা সনা কোনুংদা এডিসি ওইনা থবক তৌরকপদগী মর্জর এগ্রিমেন্ট চত্থবগী থৌদোক খুদিংমক্তা চীখবা লৈতনা য়াওরকপনা মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং ডোমিনিয়ন গবর্ণমেন্ট (ইন্ডিয়া) গী লূচিংবশিংগী ৱাখল মীৎয়েং খিবিক অসি ময়েক শেংনা খঙবগা লোয়ননা মর্জর এগ্রিমেন্টকী অশেঙবা শক্লোন পুথোরকখিবা অসিমক মণিপুরী জাতিগীদি অতাঙবা মমল য়াম্বা থৌদোক ওইহৌরে।

ঙসিগী মীরোলনা মর্জর এগ্রিমেন্টপু য়াদবা অসিবু শৌগৎলদুনা আনন্দমোহন্না হায়খি : মণিপুর পুৱারীগী খ্বাইদগী লুবা তাঙ্কক অহুম লৈ মদুদি ইং ১৯১৯-২৬, ১৮৯১ অমসুং ইং ১৯৪৯ গী মর্জর এগ্রিমেন্ট অসিনি। মসিগী মনুংদা খ্বাইদগী লাইবক থীবদি ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ অসিনি। চহী তরেৎ খুম্তাকপদা মীয়াম পাক্তুক্লা ৱারবসু নিংথৌ মচাশিং অমসুং মীয়াম পূনশিন্নদুনা পুৱারীগী চুমশিন্নবা অনৌবা লম্বী অমা শেমগৎখি। লৈবাক্কী কান্নবা প্লস পোইন্ট পুথদুনা লাকখি। অদুগা ইং ১৮৯১ গী এংলো মণিপুরি ৱারনা অমঙ অতা কয়া থোকহনখ্রবসু, মণিপুর লৈঙাক্কী লাইবক মীয়ামগী ৱাংমদা লৈখ্রবসু নিংথৌ পানবা লৈবাক অদুমদি অদুম ওইদুনা লাক্লি। বৃটিশকী

মখুত্তা মায়থীরবসু, মণিপুরবু বৃটিশ ইণ্ডিয়াদা নৎত্রগা বৃটেন্দা এগ্নেক্স তৌখিবা লৈতে। বৃটিশ ইণ্ডিয়াগী লৈবাক অতৈদা বৃটিশ পেরামাউন্সি লৈখিবা অদুমক মণিপুরদদি লৈখিদে। অদুবু লাইবক থিবদি, ইং কুমজা ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ গী মণিপুর রাজ্যগী লৈঙাক ব্রায়েন্দা লাকখিবা অওনবা অসিদদি নিংথৌগী ব্রাফম মরু ফুকখিবত্তা নত্তনা স্বাধীন রাজ্য হায়বা অদুগী মশক অসি তাক্লা মুখৎখিবা অওনবা ওইখি । মসিদি নিংথৌদা নত্তনা প্রজা মীয়াম্নসু পেন্নফম থোক্তবনি হায়রি।

আনন্দমোহন্না য়াম্না নুংঙাইতবসি থৌদোক্তুগী মরমদা লান্না পাউথোকপা, লাইরিক্তা লান্না ইনরকপা অসিনি হায়না নুংঙাইতনা হায়খি। খুদম ওইনা, বোধচন্দ্রনা শিলোংদা চত্তুনা এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীরুবনি। মশাগীদা য়েংদুনা মণিপুর য়োম্থোক্রম্বনি, গবর্ণর প্রকাশনা অহিংদা মথন্নতা লাক্লগা সৌগাইজম নবকুমারগা ব্রারী শানরবা মতুংদা এগ্রিমেন্ট খুৎয়েক পীখিবনি, গৌরহরিদি তুমদুনা লৈ, মহাক তাদনবা য়াম্না চেকশিন্না শেন্ননবা হুইশিয়ার তৌনখি হায়বা অসিনচিংবা অরানবা তোকঙাশিং অসিনা মণিপুরগী নিংথৌ অমসুং ফম্নাইবগী থাক হম্থহনবদা নত্তনা মর্জরগী পুব্রারী ওন্ন-তৈনগদৌরে হায়না নুংঙাইতবগা লোয়ননা ফোঙদোকখি।

মতমদুদা মহারাজনা শিলোংদা লেঙখিবা খোঙচৎ অদু ইচম চম্বনি, ব্রাফমদি মরু হকপনি হায়রি। থোকখিবা থৌদোক অদুমক্তি অদুম হায়না থোক্লগনি হায়বা কনা অমত্তা খঙবা নত্তে। মদুমক খঙলম্নবদি মহারাজনা থাজরবা ব্রাইখোম চাউবা, কেসি চক্রবর্তিনচিংবা অখঙ অহৈশিং পুরমগদবনি হায়বসিনি। অদুবু ছাপা তৌরবা চে সেট অনী পুথোরক্তুনা মদুদা মহারাজনা খুৎয়েক পীয়ু হায়রবদা এডিসি আনন্দমোহন্না মহারাজদা ***"শ্রী যুৎনা খুদক্তা সোই থোনবদি ফগদবা মান্দে"*** হায়না হঙ্গৎখি। গৌরহরিনসু মদুবু শৌগৎখি। মহারাজনসু য়াখিদে। মহাক্কী কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টর তান্নখিগে, আইনগী ব্রাফম তান্নখিগে, ইম্ফাল থোক্লুখিগে হায়খি। মসিদা গবর্ণরগী মায়কৈদগী প্লিড কয়াগা লোয়ননা তকশিল্লকখি। মণিপুর রাজ্যদা মহারাজগী সোভরেন্টি হৌজিকসু লৈরি, নিংথৌনা তৌবা ঙমদবা লৈত্রি, সোই তৌবিয়ু অসিনি। গবর্ণরগী এডভাইজর রুসতমজিনা *"মহারাজনা সোই তৌগদবনি, তৌদবসু য়ারোই, সোই তৌদনা শিলোং থাদোক্তুনা চৎপসু য়ারোই"* হায়খি। মসিনা মহারাজগী পুক্নিং ব্রাখলদা শাথীনা অওৎ অনৈ পীখিবা অসিদা নত্তনা মহারাজনা লুনা তৌবা এসপি (সিআইডি) দাসগুপ্তনা মহারাজগী মফমদা খুরুমজরগা ***"মহারাজনা এগ্রিমেন্টকী সোই তৌ হায়বা য়াদ্রবদি মহারাজবু নিংথৌ ওইবা তোকহল্লগা অতোপ্পা মীশক অমবু নিংথৌ হাপ্নগা সোই তৌহনবা হায়বসি য়ুনিয়ন গবর্ণমেন্টকী শেম শারবা ফিরেপ্নি"*** হায়না হঙ্গৎলকখিবা অসিনা নিংথৌদা সাইকোলোজিকেল, মেন্টেল টৌরচর অমা তশেংনা পীখি। অসুম্না সেপ্টেম্বর ২১ দদি মর্জর এগ্রিমেন্ট সোই তৌদুনা ***মণিপুরগী নিংথৌদি শীঙখোংদা লোইগনি*** হায়বদু চুমহনখি।

অদুবু লুরিবদি, মর্জর অসি মণিপুর মীয়ামগী মিংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টিনা য়াম্না কন্না শৌগৎখিবা অসিনি। মসিদা পনবা য়াবদি, চীংগী পোলিটিকেল লিডরশিং অমসুং লময়ানবা ইরাবোতনা এগ্রিমেন্ট অসি কন্না য়ানিংখিদে। অদুগা

মণিপুর মীয়াম্না ইং ১৯৯৩ ওক্তোবর ২৮-২৯ দা *নেসনেল কনভেন্সন* ফমদুনা মর্জর তৌখিবা অদুবু লাল্লি, চৎনবা চুমদে হায়না বারেপ তাখি। অদুবু মতমদুগী মীরোলগী রাখলগা ঙসিগা খেৎনবগুম্না চৎনবা য়াদ্রবা ইং ১৯৪৭ গী *ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট* অমসুং *ইনষ্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসন* গী মতুং ইন্না মণিপুরনা ইণ্ডিয়াগী লৈঙাক মনুংদা শরুব খরদংদা ওইরবসু চঙবা হৌখ্রে হায়না চিংনা লৌখিবা মযেংবম আনন্দমোহন্না শেন্দবগ লোয়ননা অনৌবা মীরোলগী য়াওল ঈহৌদা শৌগৎনিংবা ফোঙদোক্নি। *মণিপুরগী নীংতম ঈহৌ চত্থরিবা মরোয় মনাওশিং মপুক্নিং শোম্নগনু, নীংতম লানফমদ থৌনা ফনা, খোঙফম চেৎনা মায়োক য়াউ হায়না নীংতম্নগী সিম্বোল ওইরিব মণিপুর মহারাজগী থম্নায় মিরেম্না পাউজেল্লি অমসুং লাইওইখ্রবা ইনিংথৌশিংগী য়াথং পাঙথোকপনা ঙসিগী মীরোলগী লেঙফদ্রবা থৌদাংনি* হায়না পাউজেল পীরি অসুম্না অতাওবা পুন্সি অসিগী শিয়োম্নংদা য়াবেং শৈরেংগী লাইবিক ৯ মিতমদুন পুখোরকখিবা অমসুং পব্লিক সার্বিস পীখিবা অসিগীদমক্তা মনা মথুম ৫ রক পীদুন ইকায় খুম্নখ্রবা লৈবাক্কী অতাঙবা মীশক অসিনা মনা খোঙনাং পাম্বী তম্দুনা অচৎ অওক খুদিংদা মর্জর এগ্রিমেন্টকী পাউদমলম্মদু হন্দক কুইখিদ্রি, মখোক লোয়দুন লৈমায়থক্তা তুথখিবা। ঙসিদি হেন্না পাম্মুরক্লে অহলগী পুন্সি। মর্জব এগ্রিমেন্টকী পুবারীদা কৈদৌনুংদা মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অহাঙবা অমা লৈহৌবগনি। ❑

# পোৎশঙবম লালমনিবু নীংশিংনরকপা

পুন্সি লানফমগী লান হৌরম হৌফাৎত্রিঙৈদা পুন্সি লীলা থুপচিনখ্রবা তোমথীন কয়া ঙসি হিংহৌরিবা ঐখোয়না শীঙথাবিবা ঙমদ্রি, শক শোন্নবিবা লৈত্রি। মীথোই মীহেনবশিংগী মগুণ মতম চানা শীঙথাবিবা ঙমলম্নবদি খুনায় অসিগী লুতোং শাগৎপগী ঈচেলদা মগুণ অদুমক হেল্লমগনি অমদি, অনৌবা মীরোন্দা মমি তারমগনি তোমথিলশিং অসিবু খুনায় অসিগী মাঙদা থমদুনা জাতিবু নুংশিবগী হঙ্গিৎ মিৎকুপ খুদিংগী পীবা ঙম্নম্বা য়াই। ঙসিমক পীকপা চাউবা খেৎনরবসু লোক্নমগী ঈচেলদমক ওইরবসু মজাতিগী তুংলমচৎকা খায়নবা য়াদ্রবা রিভাইবেলিজমগী অনৌবা ইহুল অমমমগা লোইননা মণিপুর জাতিবু য়াকাইরোল শক্লরি।

তোমথিল পুন্সি অমত্তং পনবা তারবদি, পোৎশঙবম লালমনিনি। ইম্ফালগী ক্লাকৈথেল মোইরাং পুরেল লৈকাইদা ইং ১৯৪৫ নবেম্বর ১১ দা পোকখি। মহাক্না হিংলম্ন

চহি ৫১গী তেল্লবা পুন্সিদা পাওলম্বা মথৌশিং অসি উকরগা মহাকপু কনানো হায়না অনৌবা মারোলনা থিজিনবগী মতাঙ অমা ওইহল্লি। নেসনেল রিছার্চ সেন্টর, কাঞ্চিপুর লিংখৎখিবা মপোক কুমওন মঙারকশুবা হৌখিবা সেপ্টেম্বর ১৫দা লৈখিদ্রবা লালমনিদা ইকায় খুম্নবা উৎখিবা থৌরমদুদা মহাকপু মশক হেন্না খঙনখি। মাগা নকশিন্ননা শম্নরকপা মীওই কয়ানা থৌরমদুদা ৱা ঙাংখি। মণিপুর সরকারগী আর্টস এন্দ কলচর লোয়শঙগী জোইন্ট দাইরেক্টর পি সোরোজিনিনা থেংনহৌবা মতেক অমগী ৱারী তৌখি। হৌমিন কামিন্নরকপগী থোইদোকপা অমা ওইনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা, পুক্নিং নুংশিনা মীয়ামদা পাউদমখি। লালমনিনা এমএ হিষ্ট্রিগী অফবা মহৈরোয় অমা ওইনা অরোইবা পরিক্ষা পিখিদ্রে। শেঙ্লোক লৈতনা মীয়াম মরক্তা চৎলম্বা পুন্সি অমগী অহৌবা মতেক্তু মুন্না য়েংবা হৈবী সোরোজিনিনা থমোয় শোক্না পাউদমখি।

জীববু লুনা তৌবগী থবক্তা, এনিমেল ৱেলফিয়র বোর্ড ওফ ইন্দিয়াগী ত্রেনর ওইরম্মী। মণিপুরগী জিলাশিংদা এনিমেল ৱেলফিয়ার ওর্গেনাইজেসন তৌরম্মী। ইম্ফাল, চুরাচান্দপুর, থৌবাল জিলাশিংদা মায় পাক্না পায়খৎলম্মী। চান্দেল জিলাগী পায়খৎপা হৌরকপদা পুন্সি তেনখিবনা নংখিদ্রে। মাদ্রাজদা পাঙথোকখিবা এনিমেল ৱেলফেয়ার কনবেনসনদা শরুক য়াখি। বৃটেনগী মহারানি এলিজাবেঠনা পেত্রোন ওইবা গ্রেট বৃটেন রোয়েল সোসাইটিদা মাগী মমিং চাউনা লৈ। ইং ১৯৯৬ মে ১৬তা সোসাইতি অসিনা লালমনিদা চিঠি থারকখিবা অমদা জাপানদা ইলেক্ট্রিক লেন্স শীজিন্নদুনা শা হাৎপদা মিনট ৪.২৫ চঙহন্দুনা মীনুংশি য়াওদনা শা হাৎপা নিন্দা তৌরকখি। সরকারগী মরু ওইবা লোয়শঙশিংদা পাউতাক পীনবা হায়জরকখিবগী মতুং ইন্না লালমনিনা থৱায় য়াওনা চথখি।

লালমনিগী শিনফম য়াম্মি। ষ্টেনোগ্রাফ নিংথিনা হৈ। মেডিয়া রিপোর্টর ওইনা মালেমগী থাক্তা শরুক য়ারকই। জগোয় হৈ। ফিল্ম ইন্দষ্ট্রিদা মফম কল্লকই। লোক্তাক পাৎকী দোকুমেন্টরি ফিল্ম পুথোকখি। হৈ-লৈ থাবা প্লান্টেসনগী মমিং চৎলি। মণিপুর সরকারনা মঙোন্দগী পাম্না লৈ অমসুং ৱাই। মাগী তেনখ্রবা খোঙচৎসিদা মসিনা লোইবা নত্তে। হেন্না ময়েক লাবা মপুঙ ওইবা শিন্থাদি অরিবা লাইরিক খোমজিনবনি। লুচিংপুরেল ইরাবোতকী মবমদা থিজিনবা বঙ্গলাদেশ চৎলুই, মণিপুর পুৱারীগী লানহৌবা হাওদিজাম্বা চৈতন্য থিজিনবা চৎলুই। অরিবা লাইরিকশিং, অতাঙবা লাইরিকশিং অদু মখুৎমক্না নান্না ফজনা শিন্দোক্লম্মি। য়াম্না থাবা লাইরিক (10"x14") এনেক্সেসন অব আসাম (1824-1854) লামায় ২৫১ পানবা অমসুং মীতৈ মরুপকী মমিং লৈরবা থাগী চেফোঙ য়াওল অমদি লুচিংলেন ইরাবোতকী লাইবিক কয়ামুক মখুৎমক্না নান্না

শিন্দোক্লম্মি। ইং ১৯০৪দা মণিপুর ৱাংমা লানগ্লবা হাওদিজান্বা চৈতন্যগী অতাঙবা লাইরিকশিং খোমজিনখি। দিএম কলেজগী অহানবা মেগাজিন, মীতৈ চনু, ঙসি, নবদ্বীপচন্দ্রগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা শীন্দুনা সেমিনার পাঙথোকখ্রে। মাগী খোমজিনবা শৈরেংশিং *তোনু লাইজিংলেম্বীগী শৈরেংশিং* ফোঙখ্রে।

অসুম্না পুন্সি শীন্থা কন্না পাঙলিউঙৈ, নোংমা এপ্রিল ৫, ১৯৯৬ অযুক্কী পুং ১১ অদুৱাইদা লুনা অমা তোংদুনা চংলিঙৈদো নহা অহুম তোংবা স্কুটরগা থেংজিন্নবদগী থীনা শোক্নুনা পুন্সিগী অরোইবা য়াহীপ তানখি। এনআরসিগী মপোক কুমওন ৫রকশুবা হৌখিবা সেপ্টেম্বর ১৫দা পাঙথোকখিবা থৌরমদা লৈখিদ্রবা লালমনিগী থৱায় মিরেলদা ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা পব্লিক লাইব্রেরি হাংদোকখি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী চীফ লাইব্রেরিয়ান সি এচ রাধেশ্যাম্মা অথোয়বা মীথুংলেন ওইদুনা পাঙথোকখিবা থৌরম অদুদা লালমনিগী থবক কনবা অমসুং মজাতিগী ওইবা ৱাখল্লোনবু শীঙথাখি।

এনআরসিগী প্রসিদেন্ট ভুবোন্না মীয়ামদা থমখিবা ৱাফমদু খোম্থাঙ য়ৈদুনা লৈহৌরগনি। হিংবদি হিংলগা হিংবগী ময়াক চামথরক্লবা পুন্সিশিংনা অরুবা ৱাফম ওইহল্লবা অদুগুম্বা ঙসিগী খুন্নায় অসিনা লৌগদবা থৌদাং য়াম্না চাওই। লৈরিবা ফিভমসিদা ঐখোয়না করিগুম্বা তোপ তোপ্পা খরদি তৌদবা য়াদ্রে। ইপা ইপুনা থনম্বা খোঙ্গুলশিং অসি শামথরকপগী অকিবা লৈরে। মালেম খুনায়গী মরক্তা ইঞ্জৎ ফংবা ঙম্নরোইদবা তাঙ্কক অমা লাকপসিদা নুংনাংবা পোকহল্লি। পুৱারীগী অচুম্বা তাঙ্ককশিং অদু লৌখৎলগা তুংগী মীরোলদা শিন্নবা অসি ঐখোয়গী থৌদাংনি। মসিগীদমক জাতিগী থাক্তা রিছার্চ তৌবসি মথৌ তারি। মরম অসিনা ঙসি য়ুম য়ুমদা লোয়নরিবা অরিবা লাইরিকশিং পুথোকপীরক্নুনা এনআরসিদা শিন্নবিয়ু নত্রগা জেরোক্স তৌহনবিয়ু হায়না আপীল তৌখি। এনআরসিনা অকিবা ফাওজবদি, জাতি অসিনা করিগুম্বা তৌবীমল খরা উৎফম থোক্লবা লালমনিগী মচাক পুম্নমক মপোক কায়দনা লীনবা হোৎনবসিনি। মতাং মতম চানা মাগী মশক শেংনা লেপথোকপগী থৌদাং মাঙদা তাদুনা লৈবা অসিনি। নক্লবা,অকোয়বা অমদি চিঠিনচিংবদা কুপ্পা য়েংখৎলবা মতুংদা, লালমনিগী মরমদা লাইরিক ফোঙবগী তঙাইফদবা লৈ হায়বসিনি।

তশেংনমক, মতম অসি পুয়া পুৱারী লাইরিক লীবগী মতম নৎত্রে, তাবুনুংদা থমজিনবগী কান্নবা লোইখ্রে। পুথোকপিরক্নুনা নৈনম্নিবা, জাতিগী লনগৈদা তুঙশিনবনা মীয়াম অমসুং লন্নায়গী কান্নবা হেল্লে। মসিমক লৈখিদ্রবা লালমনিনা মঙজরম্বা ৱাখল্লোননি। তেল্লবা লীলা অসিদা হাথু হাথু মথৌ চিন্না চেল্লম চোংলম্বা, তাইবঙ লীলাগী পুংবা থিরম্বা পুন্সি অসিগী চাক্তাফম য়াহীপফম মুন্না থিদোকমিন্নবা মথৌ তারক্লে। ❑

# সোসিয়েল ৱার্কর
# থৌনাওজম ইবোয়াইমা

নেসনেলিষ্ট ইবোয়াইমা হায়না খঙনবা থৌনাওজম ইবোয়াইমনা তৌখিবা থবকশিং খুনাই অসিনা মুন্না খঙবীদুনা 'ফাডর ওফ সোসিয়েল ৱার্কর' হায়না মিংথোল পীখিবগা লোয়ননা ইকায় খুম্নখিবা অসিমক খুনাইগী থাক লেপ্পনি অমসুং তুংলমচৎ লৈবা খুনাইগী পান্দম অদু উখোকপনি হায়বা য়াই।

মহাক ইং ১৯১৬ নবেম্বর ২ দা ইম্ফালগী শীংজমৈ থোঙাম লৈকায়দা পোকখিবনি। মশাগী চহী ১১ শুরকপদা অপোকপা পাবুং কায়নখিবদগী লৈত-লায়রগী চৈথেং ফংখি। ক্লাস ফোরদগী হেন্না তমথবা ঙমখিদে। উ শুবগী শিনফম পায়দুনা ইমুং পুখি। ইমুংগী লৈত-লায়র থিবা চৎপদা অসামগী কাছারদা চত্তুনা ক্না লল্লোনখিবা অমসুং করিমগঞ্জগী ছুপারি খোলাদা চৎপদা লময়ানবা হিজম ইরাবোত থেংনরুবদগী মহাক্কী পুন্সিগী মায়ওল হোংখি। হীয়াইগী মশক ওইরবা মণিপুরি জাতিগী তৌফম থোকপা থৌদাং পায়খৎপনা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সিগী মায়ওল পীদুনা লাকখিবনি, মসিগী ঈহৌরকফমসু ইরাবোতনা ওইখি। চহী কয়া লংফৈদা লৈরুরগা মণিপুরদা হল্লকপা ইং ১৯৩৯ ডিসেম্বর থাদা নুপী লানগী ঈখেংনা ইম্ফালগী লৈমায় পুমঙাও ঙাওলম্বা উরুবদা মহাক্কী থমোয় শোকখি। শক্লোন অদুমক্না মরৈবাক নীঙবগী ৱাখল অদুবু লৈশাৎ তমহন্দুনা লময়ানবা ইরাবোতকী লমজীং মখাদা হকথেঙননা শরুক য়ারকখি।

ঙল্লিঙৈ মতমদদি রাজনিতি য়াওবসি লৈবাক নীংবগী শরুক অমা ওইরম্মী, লময়ানবা ইরাবোতকী খুদুং ইনবগী খোঙথাং অমনি। ইং ১৯৫৮ দা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী ঈহৌদা খোঙদাখি। ইং ১৯৬০ দা কম্যুনিষ্ট সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অনীনা পূন্না হান্নগী লৈরম্বা মণিপুর ষ্টেটকী ফীবম অদু হুঞ্জিল্লু হায়বা দাবী তানবদা ফাদুনা থা তরেৎ জেলদা লৈখি। এমসুগী **'চাকলাম খোঙচৎ'** ঈহৌদা মাংজীল থংলুবদগী ইং ১৯৬৫ দা বিহারগী হাজারিবাগ জেলদা লৈখি। মহাক্না ইং ১৯৭০ দা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি থাদোক্লগা **'নেসনেলিষ্ট পার্টি, মণিপুর'** শেম্বদা শরুক য়াদুনা জেনরেল সেক্রেটরি ওইখি। অদুবু মতম খরা লৈরগা মণিপুর পিপলস পার্টিদা মর্জ তৌরবা মতুংদা মহাক ইচম চম্না পার্টি মেম্বর অমা ওইনা লৈখিবা অসিনা মহাক্কী পোলিটিক্সকী লামায় থুপচীনখিবগী অরোইবা খোঙথাঙনি।

মহাক্কী পুন্সিগী ময়েক লাবা অমসুং তুংকোইবা যুম্ফমদি, মীয়ামগীদমক কখোক্তুনা হোৎনবা সোসিয়েল ৱার্ক অসিনি। মহে মশিং তম্বদা মপূং ফাহৌদ্রবা মাগী পুন্সিনা মতমদুগী স্কুলশিং লিংখৎপদা মাঙজীল থংনা হোৎনরম্বা অসি থোইদোক্না শীঙথাবা য়াই। শীংজমৈ গালর্স হায়স্কুল, শিংজমৈ বোইজ স্কুল

(চাওয়াইমা হায়স্কুল) অমসুং মণিপুর কলেজ লিংখৎপদা মহাক্না মাংঙীল থংনা শরুক য়াখি। মতমদুগী হিন্দি তম্বগী কেম্পেইন্দা, হিন্দুস্থানী রাস্ত্রভাষা সমিটি অসাম অমসুং পারঙ্গতা শিকক্ষা আগ্রাগী ব্যবস্তাপক ওইদুনা মাঙঙীল থংনা হোৎনখি। মহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা থবক অমসুং রাখল্লোন্দি, লময়ানবা ইরাবোতনা খল্লম্বা ৱাখল্লোন অদুনা মাগী থম্মোয়বু য়াকায়হনখিবা অমসুং মহাক্কী পুন্সিগী ফিদম ওইনা ঙসি ফাওবদা মরা চেৎনা লৈরিবসিনি।

কনাগুম্বনা ইরাবোতকী মমা লৈবাক্তি ভারতনি হায়জীন্দুনা মীয়াম্বু লান্না লমজীংবা অমদি খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরিবশিংসি ইবোয়াইমনা কন্না য়ানিংদে। ইরাবোতকী মমা লৈবাক্তি অদুঙৈ পোক্লফমবু নুংশিরুবগীদমক ঈহৌ কয়া তৌরুবদগী তাম্থোকপিরবা, মরৈবাকপু উনিংবনা ময়াই কারবা অমসুং চীংলোন ৱাংমদগী নিতি নুমিৎ খুদিংগী মাগীদমক থবক অমদি ৱাখল তৌরক্লিবা চীংলৈবাক মণিপুরনি হায়বসিদা করিমত্তা য়েৎননিংঙাই ওইদে হায়বসিনি। ইরাবোতপু মুন্না খঙহৌবা অমদি ইরাবোতকী ফিদমদা মহাক্কী য়ুম্ফম ওইবা মরম্না চহী ৯১ শুরবা ইবোয়াইমনা থৌনা ফনা, থাজবগা লোয়ননা ঙসি ফাওবা লৈবাক মাঙদা ফোংনা লৈবাক খুন্নাইগী থবক তৌবা ঙমজরিবনি হায়রি। মাগী লীচিং মখাদা *'ইরাবোত ফাউন্দেসন কমিটি'* লিংখিবনি। ইরাবোতকী নাথুপফম ওইরম্বা কাছারদা চত্তুনা নীংশিং থৌরম পাঙথোকখি। চহীনা লূমথরক্লবা অহল ওইদুনসু ৱাখল অমসুং থবক্তি নহানি। ইং ১৯৯০ জানুৱারী ৯ দা *মেন ফেডরেসন* না কাছার চৎপা খোঙচত্তা শরুক য়াদুনা চন্দ্রপুরদগী মৈ লৌরগা কংলাদা মৈরা কৎখিবা নেসনেলিষ্ট লুচিংবনি। মহাক্না তৌখিবা অমদি তৌরিবা খুন্নাইগী থবকশিং পুম্নমক শীঙথাবদি কলম অসিনা ঙম্লবোই। ঙসিগী অরুবা ৱাফম কয়া মায়োক্লরিবা মণিপুরি খুন্নাইগী থবক থৌরম কয়াদা চহী ৱায়শীল্লক্লবা অহলনা নোংমা কাংদনা শরুক য়ারি। মঙোন্দা অনাবা লৈবা উদে, নিতিগী অমা নৎত্রগা অমদা মীয়ামগী মরক্তা হেক্তা লৈরম্মী।

মহাক্কী তৌজমলশিং অসিবু খুন্নাইগী লূপ কয়ানা মশক খঙবীখি। ইং ১৯৯৬ আগষ্ট ১ দা **এডুকেসনেল গাইড সেন্টর** ইম্ফালনা লুপা লীশিং অমগা লোয়ননা **'সোসিয়েল ৱার্কর'** হায়বা মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নখি। ইং ১৯৯৬ ডিসেম্বর ৫ দা **'ইন্টরনেসনেল ভলুন্টিয়ারস ডে ষ্টেট সেলিব্রেসন কম্মিটি'** মণিপুরনা সোসিয়েল ৱার্কর মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নখি। চহীদুগী ডিসেম্বর ২৬ তা **মণিপুর পিপলস পার্টি** না থাগৎ-চেরোল অমা থোকপগা লোয়ননা সোসিয়েল ৱার্কর মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নখি। ইং ১৯৯৯ নবেম্বর ১০ দা **আমেস্কো (ওল মণিপুর ইথনিকেল সোসিয়ো কলচরেল ওর্গেনাইজেসন)** না **'ফাডর ওফ সোসিয়েল ৱার্কর'** মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নখি। ইং ২০০২ সেপ্টেম্বর ৩০ দা **ইন্টিগ্রেটেড মণিপুরি এসোসিয়েসন বাঙ্গলাদেস** (ইমা) না **'মণিপুরি বন্ধু'** মিংথোল পীবীখি। **'অমেরিকান বাইও-গ্রাফিকেল ইনষ্টিট্যুট'** না ইং ২০০৩ গী

ওইনা সেলেক্সন তৌবদা ইবোয়াইমবু খনখি। ইং ২০০৫ এপ্রিল ১০ দা **নোর্থ ইষ্ট টিভি না লাইফ টাইম এচিবমেন্টকী থাক ওইনা মঙোন্দা 'পিপল চোইস এৱার্ড ফোর সোসিয়েল ৱার্কর'** মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

মহাক্না থাজবা ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা হৌজিকসু মশা খীঙনা লৈবাক্কী থবক তৌরি। ইন্টেগ্রিটিগী মরীদা মহাক্না হায়, "*ঐখোয়গী অপূনবা শক্তম থুগায়নবা হোৎনরকপসি মপান্দগী ইনশীল্লকপনি। মণিপুরনা নীঙতম্বা তাল্লক্নি অমসুং মদুগী মেরিট য়াম্না লৈ খঙবদগী ভারতনা মণিপুরবু মচেৎ মচেৎ থুগাইনবা হোৎনরকপনি। টেরিটো-রিয়েল ইন্টেগ্রিটি ঙাক শেনবগা লোয়ননা চীং-তমগী মরক্তা লৈরিবা খেৎনবা কয়া অসি কোকহন্নবা মীপুম খুদিংমক্না দায়ত্ব লৌদুনা হোৎনগদবনি। কাঙলুপ খুদিংমক্না নুংশিননা পুল্লিমখৈ অপূনবগী শক্তম থুগায়বা ঙম্লোই। লূরবা তাঞ্জাসিদা চীংমী তম্মী অমত্তা ওইনা লেপমীন্নদুনা তুংগী লাক্কদবা মীরোলশিং কন্নবগীদমক্তা ঙসি হোৎন-হৌগদবনি।*"

মৈরা পায়বীগী মরমদা হায়, "*লমদমসিগী মৈরা পায়বীশিংনা হৌরিবা ঈহৌসি মালেমদা অতাঙবনি। মণিপুরদা মৈরা পায়বী লৈরমদ্রবদি লমদমসিগী নহাশিং সেক্যুরিটিগী মখুত্তা তংখায় অমা হেন্না শিরমগনি। মৈরা পায়বী থোক্লমদ্রবদি মণিপুরি খুন্নাই কাং-খোং চাইরম্বা য়াই নৎত্রগা, মণিপুরি জাতি মুৎখিরম্বা য়াই।*" শান্তিগী মরীদা মহাক্না মোত পীরি, "*অচৌবা ফুরুপ্না অপীকপা ফুরুপ্পু হন্থনা খক য়েংবীরোইদবনি। তুহৎপীবা, নমথবীবা অমদি কাঙলুপ নাইবা ৱাখল্লোনগী মায়োক্তা মীয়াম্না পুন্না লেপমীন্নদুনা অমদি মদুগী মহয় ফংমিন্নদুনা মালেমগী মনুংদা চাওখৎপা, শান্তি লৈবা মণিপুর অমা ওইহনগদবনি। শান্তি লৈবা পুন্সি মহিং অমা তুংগী মীরোলদা পীরম্ন বগীদমক্তা ঐখোয়না অমত্তা ওইনা পূনশীন্নদুনা শীঙনরিবশিং অসি মহয় য়ান্ননবা থেংনগদবনি।*" নীংতম্বা পামজবা অমা ওইনা মহাক্না হায়, "*খোঙজংদা মায়পাকপা নৎত্রগা মায়থীবা হায়বসিনা ৱাফম অমনি, মতম মতমগী ওইবনি। তুংকোইনা মায় পাক্ন বগীদমক্তা ঐখোয়গী হোৎনবদি লেপ্পা য়ারোই। মালেমগী চৎনবী অমসুং আইনগী মতুং ইন্না, মীখা পোল্লবা কনাগুম্বা ফুরুপ অমনা মরোমদোম লেপচনবগীদমক্তা মশানা খুৎলায় পায়বগী ঈহৌ চঙশীনবা য়াই। ঐখোয়না মণিপুরি অমা ওইনা হিংবা তারবদি নীংতম্না হিংগদবনি, মণিপুর জাতিনা মাঙখ্রবদি ঐখোয় মাঙলবনি, শিরবনি।*"

অসুম্না মণিপুরদা সোসিয়েল ৱার্করগী মশীং য়ামখৎলকপগা লোয়ননা মালেমগী মনুংদা হায়ফেৎ ৱাংবা চাংদা লৈরকপা অসিগী ভেল্যু মীচম মীয়াম্না মুন্না খঙলুদ্রবসু মাঙজীল থংবা মীওইশিং, লূপশিংনা খঙবীরকপসি অফবগী খুদমনি অমসুং মসিগী ক্রেডিটস্ু সোসিয়েল ৱার্করশিংনা ফংফম থোকই। প্রোব্লেম্না থল্লবা, খুৎলায় পায়দুনা মুক্নরিবা লমদমসিদা মতম, পৈশা, নামৎ মাঙদুনা মীয়ামগীদমক্তা থোরক্লবা সোসিয়েল ৱার্করগী মশীং নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লিবসি মোডেল ওইরিবা অহলগী পুন্সিবু পামজবদগীনি, অহলগী খোঙ্গুল তুংইল্লিবনি। জাতিগী ঈচেলবু ঈথক ইপোম হৌহন্দুনা ঈচেল কলহল্লিবা অমসুং চমম্নবা তোরৈ খুদিং ষ্ট্রিমলাইন তৌরিবা সোসিয়েল ৱার্করগী ভেল্যু খুন্নাই অসিনা মুন্না খঙঙি

হায়দুনা মহাকপু শীঙথারিবসি ঙসি মণিপুরি জাতি অসিগী চুমশিল্লবা অনৌবা পুন্সিরোলনা মাঙদা চঙশিনবা হৌরক্লে হায়বগী থাক অদু উংলবনি। মতমগী ঈচেলবু য়াওলহল্লিবা মরৈবাক মজাতিগীদমক কখোক্লবা মীওইশিং মীরোল কাংদনা লেপ্তুনা পুথোকপিরিবা ইমা লৈবাকপু কমদৌনা নুংশিগদগে হায়বদু সোসিয়েল ৱার্করশিংনা মরুওইনা, থৌনাওজম ইবোয়াইমনা অনৌবা মীরোলদা খুদোনবী থিন্দুনা তাকপীরি। ❑

# লৌশিং জানগী লালহৌবা

# সালমান রুশদী

*"মালেম অসিদা লৈরিবা মুসলিমবু খোয়দাজরিবা মীয়াম পুম্নমক্তা ঐনা খঙহঞ্জরি মদুদি 'দি সেটানিক বর্শেশ' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিগী অইবা, ইসলাম গী মায়োক্তা মদুবু খোমজিল্লগা ইথোকলিবা, ছাপা নম্লিবা, অমসুং ফোঙলিবা, মদুগী ৱাখল্লোন শন্দোক্লিবা মীওই, অমসুং কুরান অদু, অমসুং মদু ফোঙবদা চেন্নরিবা মীওই, নুংগী ৱা মচং খঙলবা মী পুম্নমক শিবগী চৈরাক পীরবনি। ইসলামবু খোয়দাজবা মীওইশিংনা মখোয়বু থেংনবা মফম অমদা হেক্তমক হাৎননবা ঐনা হায়জরি, মদুম্না তৌরবদি অতোপ্পা মীওই অমত্তনা মুসলিমগী অশেঙবা মশকপু খোঙ্গোয়নবগী ইচঙ থৌবা ঙমলোই। মপুনা খোয়দাবিবগুম্না, লম্বী অসিদা পামজরিবশিংগী হাৎপ্রবা থৱায় খুদিংমক, মহাক মহাক্লা পামজবা মরমগীদমক কখোকচরবা মীওই ঙাক্তনি"* ৱাহৈশিংসিগা লোয়ননা ইরানগী মকোক থোংবা লুচিংবা অয়াটোল্লাহ্ রুহোল্লাহ্ খোমৈনিনা ইং ১৯৮৯ ফেব্রুৱারি ১৪দা অইবা সালমান রুশদীবু শিবগী চৈরাক (*ফটৱা*) পীরবনি হায়না লাউথোকখি।

মুম্বাইদা পোকপা অইবনা সালমান রুশদী থাদোকপা তাখি। লণ্ডন্দা লৈবা 'ভাইকিং'কী মাঙ থানা ভারতকী 'পেনগুইন্না' লাইরিক অদু ফোঙননবা হোৎনরম্মী। খুৎই অদু প্রেসদগী লৌথোকখিবা মরম্না ১৯৮৮ সেপ্টেম্বর ২৫দা লণ্ডন্দা ফোঙলম্মি। অদুবু, প্রাইম মিনিষ্টর, রজিব গান্ধিনা লাইরিক অদু পুশিল্লকপা থিংলম্মী। ইণ্ডিয়ান কষ্টমস এক্টকী সেক্সন ১১গী মখাদা ইং ১৯৮৮ ওক্টোবর ৫দা ভারতনা বেন তৌরম্মী। শ্রীলঙ্কা, পাকিস্টাননা মথৎশিংনা ১৯৮৮ ডিসেম্বর ১৪ অমসুং ১৯৮৯ ফেব্রুৱারী ৮দা থিংখি। বৃটিশ মুসলিমশিংনা ফোটো কোপী নমথোক্তুনা পায়নরম্মী। সাউদি আরবিয়া, ভারত অমসুং পাকিস্টানদা মুসলিম মীয়ামগী খোঙচৎ চৎনখি। ফেব্রুৱারী ১২গী মীয়াম খোঙচৎতা পাকিস্টানি মঙা শিখি, ফেব্রুৱারী ১৪দা খোমৈনিগী মপাও লাকখি - *ফটৱা রুশদীবু* হাৎপা মীশক্তা য়ুএস দোল্লর লাক্ষ ২৫গী মনা লাউথোকখি। ইসলামগী লুপ, *খোর্দাদ ফাউন্দেশন* অমসুং হকচিনবা মহৈরোয়শিংগী লুপ অমনসু মরাঙ কায়রবা মনা মথুম লাউথোকখি।

আয়াটোল্লাহ খোম্মেনিনা থাদোরকপা বেলন্টিন নুমিৎকী পাওজেল (*ফটৱা*) অসিনা রুশদীগী পুন্সি মশক থৈহনখি। চহি ৪১ য়ৈরকপা অইবগী পুন্সি পামেলনা মপুং ওইরকপা, মরু লুকপা উহৈ য়াল্লমদাইগী লৈহি - লৈচল নিল্লকপদা সৈটান অদুমক্কী অকি-অখঙ মায়োক্কবা তারক্কি। মীওইবনা চৎনদ্রবা লম্বী, শরু-ঙারুগা লোয়ননা শাগী খোঙগুন্না লম্বী তাক্কিবা চীঙলায় লৈবা চীঙ্গোল তম্মা চঙশিন্দবা য়াদ্রি। শীন্থা অদুমক রুশদীনা নম্বো পোরদুনা চঙশিনখি, লাইবক্কা তম্না মফম ফাওবা অরোনবা অমগীদমক।

অখন্নবা ব্রাঞ্চ পুলিসনা রুশদী অমসুং মাগী নুপী মেরীয়ান্নে ব্রিগজ্ঞ কোইপু পুরদুনা বৃটেনগী অরোনবা মফম মফমদা পুংশিং খুদিংগী নত্রগা নুমিৎ নিনি হুমনিগী লোৎলি। অখন্নবা লাম্মীগী পোখাশঙনচিংবদা থুপখি। অহিং কয়ানা খোঙচৎকী অহৌবা ওইখি, সুইটকেশ য়াওদনা পাওতাক পীবা খোঙচৎ হায়বদু ওইখি। স্পেসিয়েল ব্রাঞ্চ পুলিসনা ছত্রংগী 'কিন' অমগুম মহাকপু নোল্লুক্কা পায়খৎলগা চেকশিন্না পো কাঙখি, য়ুম অমদগী অমদা, মীৎ কুপ্পদনা, ছত্রংগী লায়ুমদা তৌবগুম। অমগা অমগা থাপ্পবা খুঙ্গংগী য়ুম্নুশিংনা নুংনাংবা ফাওনৈ, সহরগী য়ুমশিংনা মনিঙ মনিঙ ওহ্নোক্লে, শক-মিং লোৎপগী খুদোংচাদবা তোয়না থোকই। থৌওং-থৌদৌ অসিগা চুশীন্ননা চনখৎলিবা কার অমনা মাবু কোইপু পুই, মফম খুদিং। স্পেসিয়েল ব্রাঞ্চ অসি মাগী মরুপ ওইরকখি। মঙোন্দা নক্কা লৈরম্বা নত্তনা মাগী অপাম্বগী মায়োক্কা কৈদৌনুংদা লমলানখিদে। *ফটৱা* পাঙথোক্লবা মীওই কয়ামুক হৌখিবা চহি তরাগী মনুংদা বৃটেনদগী তাম্হোকপ্রে অমসুং কয়ারক হন্না মাবু হাৎনবা খুৎপুশিং লন্দন্দা থারকপ্রে। *ফটৱা* গী অহানবা চহিদা পেনগুইন্দা কিহল্লকপা চিঠি ৫০০০ হেন্না ফংখি, বোম ব্রার্নিং ২৫রক ফংখি। কম্পেনিগী কেশিংটন অফিসশিংগী শুমাঙদা চহি খুদিংগী খোয়শাওনরবা মুসলিম মীয়ামগী খোঙচৎ য়াম্মা পাঙথোকখি অমসুং লাইরিকী কোপিশিং মৈ থাদোকখি। অকিবনা থুম্মৎলবা মমি অমনা মালেমগী মফম পুম্বদা শন্দোকখিরম্মী, মালেমগী টিভিদা অইববু চৈনরকখি। লাইরিক দুকানশিংদা কয়ারক কিহল্লকখি।

ফটৱা লাওথোকপা মতুং থা তরুক শুবদা মাগী নুগী ৱীগিন্স কায়নখি, মচা নুপা জাফর (৭)গী নুংশিবা মশক উখিদবনা ঙাওখি। অচিকপা পুন্সি খোঙচৎ অমনা নোংমা নোংমগী মাবু লাপ্পা পুথখিরম্মী। নুংশিরবা থৱায়না তাইবং মপোক্তগী খায়নফম থেল অমদা তাবা ফংঙি হায়নরিবা মিরবা খোঞ্জেল অদু তারমলগদবা তাক্ককনি। রুসদীনা থৌনা য়োকখৎতুনা ইবা হৌখি, ফোঙখি: *Haroun and The Sea of Stories* মচা জাফরগী মশুংলাংগী, ১৯৯৩দা *The Midnight's Children*, অমসুং ১৯৯৫দা *The Moor's Last Sigh.*

মহাক্কী সেক্যুরিটি খরচ ওইনা চহিদা পাউন্দ লাক্ষ তরা তিংবগী ৱাফম অদু লাইরিক ফোঙবগী শেন্দোঙনা মতেঙ ওইখি। মানা হায় : "*ঐবু মীওইবগী শাজৎ চৎহনখিদে, মীওইবনা করেম্মবিনবা মুর্ত্তি অদুমক মখোয়না য়েকখিবনি, .... মদুনা ঐগী পুন্সিবু লাঙহন্দনবনি*" । ইং ১৯৯৭ আগষ্ট থাদা ইলিজাবেথ ৱেষ্ট (৩) কৌবী 'ব্লুমসব্যুরি'গী এদিটরগা লুহোংখি, অনিশুবা মচানুপা '**মিলন**' ফংজখি। ভারত নীঙতম্বা মতুং চহি ৫০ শুবগী কুমওন্দা মতৈ মনাওনা ফোঙখি : *"The Vintage Book of Indian Writting."*

*ইন্টরনেসনেল রুশদী দিফেন্স কমিটি* (IRCD)গী লেম্ফু ওইরিবা আর্টিকল ১৯গী লোয়শঙশিংনা অখন্নবা থৌদাং লৌনরকখি। IRCD গী চেয়রপার্সন ফ্রানসেজ দে সৌজা অমসুং সেক্রেটরি কারমেল বেদফোর্দনা য়ুরোপিয়ান য়ুনিয়ন, য়ুনাইটেদ ষ্টেটস অমসুং য়ুনাইটেদ নেসন্সতা কন্না ইথিল পীদুনা ইরানবু ফটৱাদগী লাপথোক্কবা তকশিল্লম্মী। মপাঙ্গোংদা রুশদী চোকথনা উরবসু, থমোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দগী লিংথোরকপা মশেক মঙালনদি আশাগী য়েন্নিং হুলহনখি। IRCDগী ফম্নাইবশিং, অমসুং মাগী নক্লবা খোঙলোয়শিংনা আমষ্টরদাম, নোর্ৱে, য়ুএস অমসুং স্বিদেনদা মাগী মরমগীদমক হঙ্গৎ-হন্দা চৎখি। লণ্ডন-টেহ্‌রান অনিগী ফোরেন পোলিসিদা রুশদীগী ৱাফম চেন্নহনখি। বৃটিশ ফোরেন সেক্রেটরি রোবিন কুক্না থোইদোকপা ইথিল পীবদগী, ইরান সরকারনা ১৯৯৮ সেপ্টেম্বর ২৪দা ফটৱা শৌগত্রে অমসুং রুশদী হাৎননবা টেরোরিষ্ট কাঙবু কাঙবু থাদোরকপা অমুক তৌররোই হায়না লাউথোকখি।

অদুমকপু, মীরোল অমগী মতুংসিদা রুশদীগী ৱাফমসি পুমলোয় লোইশিল্লে হায়বদি য়াদ্রি।মাবু য়োকচরিবা লৈবাক্লা হায়বসু ঙমজদ্রি। ইরানগী খটামি সরকারগী খোঙথাঙ অসি ইসলামগী লুচিংবা অমা ওইবগী ৱারেপ নত্তে, মরন্নাই ওইবা খোঙথাঙনি অমসুং ইসলামগী সরকার অমত্তনসু অয়াবা পীদ্রি। হকচিনবা লুপশিংনা ফটৱা অদু পাঙথোকখিবনি হায়রি। *"ইসলাম লোবু হুন্দুনা ঙাঙলবদি অমসুং প্রোফেটবু ইকায়বা পীরবদি শিবগী চৈরাক মায়োক্লগনি"* হায়বা ইসলাম লায়নীংগী লৈই শীঙনরুবা অমসুং লমলাল্লুবনা পুক্লিং পুঙলুম লুম্বদি নৎখিদে।

নোকপা কাওরুরবা রুশদীনা হায় : *"শাদানবনা তানশিল্লকখিবা মরম্না মীনা চৎনদ্রবা ভুট থোকপা মফমদা মতম কয়া অমা অশিবগী মমিনা কোয়ীন-ইন্নদুনা মীওইবা নত্তবগুম্না চহি কয়া লেল্লুরে। অসিমক ৱাখলগী নীঙতম্বা অমসুং নীঙতম্না ইজনবগী, ঙাংথোকচনবগী মীওইবনা ফংফম থোকপা হক অদুগীদমক শোক্লরিবা মরু ওইখ্রবা লানফমনি। লাইরিক্লুগী মরমদা মীশি মীনা থোকখিবা কয়াগী অৱাবা শরুক য়াজরি। ঐগী অতোপ্পা লাইরিকশিংগুম্না সেটানিক বর্শেশনা ঐঙোন্দা ওল্হোক্লা মরু ওইহল্লি, মদু লৈত্রবদা ঐগী হৈনিংবগী তাইবং মমলবনি। ঐনা লাইরিক অদুবু পামজরুবগী মরমদি, ইজখিবা মতমদা অপেনবা ইহুলদা লুপচখি ...। পোক্লফম লমদম ভারত্তা লৈরিঙৈদা ঐনা ইজবগী ইখৌ লাংবা ফংজখি। অদুবু লমদমসিদা লৈজনবগী থৌজালদি ফংহনখিদে। অহানবা ওইনা, ভারতনা বেন তৌখিবা মরমদগী চাওরবা চৈফু অসিমক ঐঙোন্দা নংহনবা তাখিবনি।"*

হোম মিনিষ্টর এল কে অদবানিনা রুশদীবু তরাম্না ওক্লিঅমসুং সরকারনা মাগী মায়োক্তা লৈতে হায়না চৈচৎ ১৬/১০/১৯৯৮দা লাউথোক্লবসু, বেন অদু লৌথোকপদি তৌদ্রি। মহাক্কী ৱারোল অসিবু,মমা লৈবাক ভারতকী লৈমায়দা মচা অমগী অশেঙবা খোঙ্গুল তাহন্নিংবগী শেংলবা পুকচেল্লা, নত্রগা রাজনীতিগী হৌনবী, কাঙদ্রুম হন্তে হুনবীদুরা হায়না হংনিংঙাই ওইরি।

*মালেমদা লৈরিবা মুসলিম ক্রোর ৮০গী লমজিং মৈরা থান্দুনা ইসলাম লায়নীঙগী য়ুম্ফম শাগৎলিবা ইরানবু 'ফটৱা'গী অসুপ্পা লুহুপ উপহনবগী মৈশা মায়োক্লবা তারি।*

*ইং ১৯৮৮ জুলাইদা য়ুএননা শৌগত্তুনা পাঙথোকখিবা ইরান ইরাক্কী সিজফায়ারদা ইসলাম লৈবাকশিংগী মমাঙদা খোমৈনিনা কয়া লেমখিদ্রবা তুংদা মাগী লুচিং মরা চেংশিলহল্লগা মীথোই মীহেল্লি হায়না উংনবগীদমক রুশদীবু লোয়শিন্নবা পো কাঙখিবনি। লায়নীং লুপশিংখক্তগী নত্তবা, পুরোহিদশিংনা খুল্লিংবা টেহরানগী লৈঙাক পায়মিন্নরিবা কাঙবু মনুংগী মুক্কবনা থোকহনবা অরোনবা থৌরাংগী মহয়নি হায়না, এনালিষ্টশিংনা হায়নবা লৈ। ঙসিদি ইরানবু অতৈ মালেমগী লৈবাকশিংদগী তোখায় তাহননবা অমসুং টেরোরিজম শৌগৎতুনা ইসলামদা হকচিন্না থাজবা জাতি অমনি হায়না উহনবা অদুবু নাথৈনবা পো কাঙবনা অচুম্বা খোঙথাঙনি হায়না লৌনরক্লি।*

অমরোমদা লৌশিং জ্ঞানগী লালহৌরিবা সালমান রুসদিগী ব্রাখল্লোন অদুবু ইকায় খুম্নবা হায়বসিসু মুসলিম তাইবংগী ইজ্জৎনা মাঙদা চৎখৎপনি হায়না লৌনরিবা থোইদোক হেন্দোক্লা লিরি খোইরিবা ব্রাখল্লোন অসি মীতৈ নীংঙোলগী মচা ওইনা খুন্দা লৈতারক্লবা অমদি লূ-তোংদা মণিপুরি জাতিগী ঈগী ঈচেল চেল্লগা চাউথোকচবা পোক্লরিবা মণিপুরি মুসলিম (মীতৈ পাঙলশিং)গী তোপ তোপ্পা অপুনবা খুনাইগী পুন্সিরোলনা খঞ্জবা থোইদোক হেন্দোক্লা ব্রাংবা ব্রাখল্লোন ওইরি। ❑

## হীন্দু চেকপলগী খুৎহৈবা

# নাথুরাম গোদশে

ইং ১৯৪৮ নভেম্বর থাখায় অদুমক্কী ইংলবা অয়ুক অঙনবদা অমবালা কৈশুমশঙদা শিবগী চৈরাক ব্রায়েল ফংলবা ফাদোক অনিখক ঙাকশেন্দুনা পুথোরকই। ভারতবর্ষনা মপুম ওইরিঙৈগী মেপ অমা মখুৎ নামনা, অতোপ্পা খুৎনা গেরুব্রা মচুগী ফীরাল পায়রদুনা নাথুরাম গোদশে (৩৮) অমসুং নরায়ন আপ্টে (৩৭) না চপ মান্নবা খোঞ্জেলদা সংস্কৃত লোন্না লৈবাক নীংবা ঈশৈ শক্লদুনা ফাঁসি সগাই তম্না চঙশিনখি।

খুদক্তা গোদশে নোংমনখি। আপ্টেগী পোলোয়দি ঙাইহাক্কী অয়ো পুদুনা ঙাইহৌই। মথঙ মনাও নাইনা অম্বলাগী শগাইনা নোংমনবগী হক ফংখিবনি। ঙাইহাক লৈরগদি, কৈশুমশঙগী চেকপল হেক ব্রাংমদা, ঙসাই ঈশৈ শকমিন্নরম্বা নহা অনিগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং পোলাং অনিসু পোলোয়খিরম্মি। হেক লোইবগা মফমদু খোইগায়রম্মি, নাপ্পী থাজিল্লম্মি মদুম্না তৌরবদি কনানসু মফম খঙলরোই, মোংফম ফুরা শাররোই।

চহি ৫০গী মতুং অসিদসু মহাত্মা গান্ধীগী মীহাৎপশিংবু ইকাই খুম্নবিদ্রি, মোংফম ফুরা শাবদি লায়রদুনা গোদশেবু থওইবিরক্ত্রি অমসুং আপ্টেবু থৌইনশিন মকোক্লি হায়দুনা মীয়ামদগী থাপতোক্লরকই। নীংখা তম্লবা ভারতকী মপুং ওইবা

লমগী মীরোল খুদিংনা মখোয়বু করিসু ওইনা উরক্তে অমসুং হন্থনা য়েংবদুম হেল্লকই। অদুম ওইনমক গোদশেগী ভুট অসিবুদি চৎখ্রো হায়বা য়ানিংদনা লৈরক্লিবসি কুইরে। হৌখিবা মতমগী দাগফমদা লোন্না শাইদাংদুনা থুপ্লম্বা ভুট অদুনা ঙসি মথি ফোংলক্তুনা ভারত পুৱারীবু করম্না মায়পাক্লা মায়ওন পীগদবনো হায়বদুগী পুক্লিং লুমজবা অমা ফাওহনবা ঙসিফাওবদি ঙমলক্ত্রি।

অম্বলা কৈশুমশঙগী ফাঁসি শগাই কাম্রিঙৈ মিৎকুপ খরগী মাঙদা, মহাকপু ৱায়েল চখদুনা ময়াই তাঙবল ফমখিবা মেজিস্ট্রেৎনা চুম্লে হায়না সহি পীরবা উইল অমা গোদশেনা ইখি। ময়াম্বা দত্তত্রয়াদা অসুম্না পাওমেনখি *"ঐগী উৎ অসি শেংলবা সিন্ধু তুরেলদা লুপচখিসনু, মদুদগী অমুক হন্না হিন্দুস্থানগী ফীরালনা শৌগৎপীদুনা মনীং তম্না অমুক চেন্থখিসনু ... ঐগী মঙ অসি খঙবীবদা চঙবা মীরোল খরা অদুগীদমক অকায়বা থোইদোক্লা লৈতে। মতম অদু ফাওবা উৎশিংদু খাকউ...."*

গোলোইবগী থৌরম লোয়রবদা গোদশে অমসুং নারায়ন আপ্টেগী উৎশিংদু ইমুং মনুংশিংদা শিন্নবিরমদে। উৎ চফুদু রেলৱেগী থোং অম তান্না পুরগা ঘগগর তুরেলদা থাদখিরম্মি। থৌরমদু য়াওবা নিপা অমনা নুংথিলদা দুকান্দার অমদা ৱারী তৌরম্মি। '*দ ত্রিবুন*' না থবক পীবা লম অদুগী হিন্দু মহাসভাগী ইন্দ্রসেন শর্ম্মা কৌবা শিন্মী অমদা দুকান্দার অদুনা লোন্না তাকখি। মহাসভাগী থৌ পুবা অনিগা লোয়ননা শর্ম্মনা মফম অদুদা খুদক্তা য়ৌরক্লম্মি। ঈচেল কংলবা ইঞ্চি তরুক লুবা তুরেলদুদগী উৎ অদু চফু তঙ্খায় য়ৌনা খুনগৎখি। লম অদুগী কোলেজদা লেকচরর ওইবা এম প্রকাশ কোহলদা চফু অদু শিন্নখি। মথং মথং ওইনা, নাসিক্তা লৈবা ডা: এলভি পরনজাপে কৌবা অমদা মহাকনা শিন্নখি। নাথুরাম গোদশে না চহি ১০ হনবা মনাও গোপাল গোদশে (৭৮)না ইং ১৯৬৫দা কৈশুমশঙদগী থোরকত্রিবা ফাওবা চফু অদু নাসিক্তা চেৎনা থল্লকখি। হৌজিক্তি, গোদশেনা পামজবগী মতুং ইন্না পুনেদা লৈবা 'গোদশে শঙলেন'গী কা অমদা সিলভরগী কোল মনুংদা লীদুনা থমলি।

ইং ১৯৫০দগী হৌনা নভেম্বর ১৫ খুদিংগী '*মারটায়ারদোম ডে*' ওইনা পুনেদা পাঙথোক্তুনা লাক্লি। অহানবা ওইনা 'অখন্দ হিন্দুস্থান' গী মেপ অমগী মনুংদা গোদশে অমসুং আপ্টেগী অয়েকপা লাইদা লৈ পরেং হুকই। অদুগা; শিখিবা মতুং চহি মশিংগা চান্ননা থাংমৈ মৈরা চুখত্তুনা 'আরটি' কৎলি। অরোয়বদা, অপুনবা ভারতবর্ষ অমগী মঙজরম্বা গোদশেগী মঙ অদু পাঙথোক্লবা তিল্লিবা মীয়াম্না অপুনবা ৱাশক লৌই। *"জেরুসালেম হনজিনবদা জীয়ুশিংনা চহি ১৬০০ চঙখি, মথঙ চহিদদি জেরুসালেম অমা ..."* হায়না চহি খুদিংগী ৱাশক লৌই। তিল্লিবা মীয়ামদু মীশিং য়ামজদ্রবসু অমসুং ভারতকী ৱাংমদদি মীশিং য়ামখৎলক্লবসু, শক্লিবা ৱাশক্তি মরা চেৎলি, মঙলান অদুগী সিম্বোলদি গোদশেনা ওই। হিন্দু মহাসভাগী ৱাখল্লোন পুবশিংনা ফাওই মদুদি গান্ধীনা জাতিগী মায়োক্তা লৈখিবা মরম্না হিংবগী হক অদু মথস্তা মাঙহনজখিবনি। চিংনবা কোকহন্দুনা মখোয়গী থৌনা য়োকখৎখিবা অদুমক পুনে মহাক্কী অতাঙবা মরল ওইরিবা

চিটপাৱন ব্রাহ্মণ শাগৈগী অচৌবা মতেংদগীনি। অনৌবা জাতি শাগৎপগী য়াওন্দা লময়াম্লকখিবা, হৈ শিংগনবা চিটপাৱন ব্রাহ্মণশিংনা হিন্দুস্থানী মালেমগী থম্মৌনি হায়রিবা 'হিন্দুত্ব' চৎখিবশিংগী মনুংদা মরু ওইবা অমনি। 'হিন্দুত্ব'গী লেম্ফুবু মখোঙ শোম্লম্বা, শিবাজী, লোকমান্য টিলক অমসুং পেশৱাশিংনা নাওয়োক্লম্বা ৱাখল্লোনবু থবক ওম্থোক্লবা হোৎনরকপদা হিন্দুত্বগী নহারোলশিংনা য়াচল খুৎলি লামলকখিবগী তাক্ককনি। মহাত্মা গান্ধী অমসুং মহাত্মা ফুলেনা চখিবা মীয়ামগী য়াইফনবা মীৎয়েংদা লৈঙাক্লোন লিংখৎপা অমসুং খুনায়বু শেমদোক শাদোকপগী অওনবা খোঙচত্তা মখোয়গী মফম ফংদবদগী মখোয় অয়াম্বনা *সভরকর*, *হিন্দু মহাসভা* অরোয়বদা *আরএসএসদা* লাইবক য়েংদুনা কুমথখি। লাইবক্লা তম্লম্লবনি হায়বা অপঙ থাজগী ঈরোম্নুংদা চিটপাৱন ব্রহ্মণশিংনা নাখোক্তুনা তূমলকখি, মদুগী উচলদি গোদশে - আপ্টে শাগৈশিংনা অমুকসু মসিগী হৌনবী অসি নম্ফুদা উহক পীরুবদগী থোক্লকপা মুক্লবা অসিবু কাম্থোকপা ঙম্লরোইদবা পুৱারীগী তাক্কক অমনি হায়না লৌনৈ।

ইং ১৯৪৮গী মীরোন অদুদা গোদশে শাগৈশি মীয়াম্না য়াম্না য়াই। আপ্টেগী অপোকপসু দান তৌগনবা পণ্ডিটনি। লিরবা সহর অদুগী ব্রহ্মণ খুন্নায়দা মখোয়সু অমনি। মহাত্মা হাৎপগী থবক অদুনা সহর অদু নুংঙাইহন্দবা য়াই, অদুবু শাগৈ অনিশিবু ইম্থোকপদি তৌরমদে। গান্ধী হাৎপগী মরম চাহনবা ৱারোলশিং অদুবু কৈরোই লৈকাইগী মীয়াম্না শৌগৎপা মরম্না হেন্না মথোই কাহল্লি। ভারতনা পোকচবা খ্বাইদগী শীঙথানরিবা মপারী অমগী মীহাৎপশিংবু য়োকখৎপা লমদম অদুদদি গান্ধীনিতিবু হিন্দুত্বগী মগুন য়াওদ্রবা, পাঙদ্রবশিংগা চাংদম্নহল্লি। মীশকশিং অদুনা পেশৱাজগী মপান্না ফগৎলকতুনা নোংচুপকী মহৈ মশিলদগী খুদোংচাবা য়াম্না লৌরকখি, ঙল্লিঙৈ মতমদা জাতিগী নীঙতম লানহৌ শৌগৎখি, অদুগা গনতন্ত্রগী ঈপাক্তা ঈরোইবা হৈতদুনা ইরোম্নুংদা লুপথখি। মখোয়গী হৈজদবা অসিবু কৃপশীল্লগা গান্ধীগী অশোয়বনি হায়না থংজিল্লি। অসুম্না, মচু হকচিনবা হিন্দু অমসুং ৱাওথাংনবা হিন্দু অনিনা মুক্লবগী, মোৎশিনবগী, মোন্দ্রঙ লায়নীঙ নাৎকী খুৎ থোক্লরকপনা ভারতকী মচেৎ মশুঙ তানবগী ৱারী শীঙবুল ওইদুনা লাকই। গান্ধী হাৎপগী মরমসু হিন্দুগী মচু অনি মুক্লবগী মহয়না থোকহনবনি ।

গান্ধীনা চরা হেনবা হৌরকপা জানু: ১২, ১৯৪৮দা গোদশে অমসুং আপ্টেনা গান্ধী হাৎপগী ফিবেপ লৌরম্মি। গোদশেনা মাগী ইন্সুরেন্স পোলিসি অনিগী বিনিফিসিয়ারিগী মিং ওম্থোক্লবা কম্পনিদা ইরম্মি। মনাও গোপালনা পুনেগী মনাক্তা লৈবা কিরকীদা ফুমদুনা থমখিবা রিভোলবর অদু লৌরুনবা ছুটি লৌরগা চৎখিরম্মি। আপ্টেনা নোংমৈ অমসুং গ্রেনেদ কন্না থিরম্মি। খুৎলাই ফংলবদা, মখোয়না জানু: ২০দা *'নুমিৎ অদু'* লেপ্লখি। করকারে, গোদশে অমসুং আপ্টেনা *'মারিনা হোটেল'*দা য়ারেকখি, অতৈনা হিন্দু মহাসভা ভবনগী কা মনুংদা লেক্লম্মি। বিরলা হাউস অদু য়াম্না থুনা কোয়রবগী মতুংদা *"মচীল মঙা লোঙবা কমান্দো ওপরেসন"* পাঙথোকপগী থৌরাং চখরে। বোমদি পোকখায়রে, নোংমৈদি মরু চৎত্রে। পাহৱাবু ফারম্মি। দিল্লি পুলিস অমসুং বোম্বে পুলিস অনিগী মুক্লবা লৈরমদ্রবদি লংলা লংজিন পুম্বা পাথোক্লমগনি।

লৌতুনবশিং বোম্বেদা হন্না চেনশিনখি। মীওই কয়াগী তেঙবাঙ ফংলগা মখোয়না লোংফমদগী থৌনা য়োকখত্তুনা অমুক পাইথোরকখি। করকারে, গোদশে অমসুং আপ্টেনা জানু ২৭তা গ্বালিয়র চত্তুনা ১৯৩৪দা ইটালিনা শাবা *'ওটোমেটিক নাইন এম এম ব্রেতা'* অমা লৈখি। হুমনি শুবদা বিরলা লাইশঙদা চংখি, চাং য়েংখি, মায় পাকখি। গোদশেনা শোনখি *"ভারত কনবা ঙমলে"* । থবক পাঙথোক্লবা তুংদা পুলিস্তা চঙজখি অমসুং দাক্তরশিংদা মহাক নোর্মেল ওই হায়না তকশিনখি।

কোর্টনা চথখিবা শাংলবা ব্রায়েল পরীঙদা গোদশেগী ৱাখল্লোন ফোংদোকই, *"গান্ধীনা ভারতপু মকক মকক শোয়দংলগা লেবোরেটরি চাংয়েং তৌনবগী হক লৈতে। নাদুনা লৈরিবা মুহম্মদ আলি জিন্নাবু প্রধান মন্ত্রি ওইহল্লবদি ভারত মপুম ওইগনি। মোটিলাল নেহরুগা নক্লবগী মরম্না নেহরুবু হেন্না পামখি। ভারত কায়দ্রিঙৈ, মুসলিম ইহৌদা শৌগত্তুনা গান্ধীনা মশা শিজনবগী সহি তৌখি। দিল্লিনা পাকিস্থানদা লুপা ক্রোর ৫৫ পীথোকপগী ফীরেপ মরম চাদে। হিন্দু লানজেনবা লিশিং লিশিংবু পঞ্জাবতা হাত্তোকপিরবা মতমদা চরা হেনবগী খোঙ থাংজিন্দুনা গান্ধীনা মশাগী অশোয়বা অদু চাওথোকহঞ্জে। হিন্দুশিংবু পুলিস অমসুং লাম্মীগী মতেং য়াওদনা অমুক হলহনখিবা গান্ধীগী পাউতাক অদু অকীবগী মশক্লি।"*

মশাগী মীৎয়েং ময়েক লানা লৈজবা লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈবা, অমসুং ছত্রংদগী রাজনীতি, মথং মথং ওইনা শিবা ফাওবগী মমুৎ তানা পো কাঙবা হৈবা, নীঙথিনা ঙাং-শকপা হৈবা নহা অমত্তং ইন্দি য়ানশিংদা পল্লু হায়রবদি মদু নাথুরাম গোদশেবু পন্নিংগদবা লৈ। কোর্টতা পীবা মমুৎ তাবা ব্রারোলদুদা জর্জশিং ফনা নীংথিনা থোংহনখি। থ্রি বেঞ্চতা ফল্লিবা জষ্টিস জি:দি: খোসলানা ইরম্মি, *"গোদশেনা অরোইবা ওইনা পীখিবা ব্রারোলদা নুপীশিংদি কপ্লখি। নুমিত্তুগী তিল্লিবা মীয়ামদু জুরী ওন্থোক্লম্লবদি গোদশে মরাল লৈতে হায়না ব্রারেপ লৌবদা য়েংপীনবা ইয়াও য়াওরম্লোই হায়বদা ঐহাক্লা চিংনবা লৈতে"*।

ভারতকী তাঙলবা মণি অমগী পুন্সি খাংঙুথক্তা লোইশিনখিবদা নত্তনা ভারত মচা মুসলিম চা কয়াগী পুন্সিবু মাঙহন্দুনা দাইসপুরা থোকহনম্লবা অমসুং পীদোন্না হিংহল্লিবা দলিট, হরিজন্নচিংবা য়ুল্লোন্নবা কয়াগী পুন্সিবু নোইথত্তুনা নৈথংপীম্লবা ভারতকী য়ায়তোঙবা রেসিজম অসিনা শুপ্লতংগী মণিপুরদা১৮শুবা চহীচনা চঙলক্লুনা মফম ফংখিবদগী মণিপুরগী অপূনবা শক্তম মতম কুইনগী মেনখঙগী ওন্নোইবা মওংদা পুম্নথু-থুগাইবা ঙমম্লবনি। গান্ধিগুম্বা কংলৈপাক্কী ইরৈচা কয়া-কয়াগী মপুন্সি খাঙুথক্তা লোইহনম্লবনি। মৈতৈশিংনা অমুক হন্না নীংশিংনীংম্রবা ইং ১৯৯৩ মে ৩ দা ইমা মণিপুরবু কপহনম্লবনি, মরাল লৈজদবা থবায়শিংগী ঈ তৈহনম্লবনি কয়াগী ফীজোলদা। ঙসিসু নোংথি নোংমঙবদা মথি ফোঙলক্লি গোদসে, আপ্তেগী অমুবা ভুক্লশিং চীংলৈবাকসিদা। ❑

